# চৈথারোল কুম্বাবা

সম্পাদকশিং :—

**স্বর্গীয় লাইরেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহ**

বি, এ, বি, এল, , প্রিন্সিপাল, সব্যসাচী লো কলেজ, ইম্ফাল

অমসুং

**নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ,**

গবেষণা ভূষণ, প্রসিডেন্ট, মণিপুর হিষ্টরিকেল সোসাইটি, ইম্ফাল




মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

# চৈথারোল কুম্বাবা

# CHEITHAROL KUMBABA

*( The Royal Chronicle of Manipur )*

থোংদোকপা
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা বাজার ইম্ফাল—৭৯৫০০১

অহানবা থুংনম—১৯৬৭ ইং
শকাব্দ ১৮৮৮, লমদা
কপী মশীং—১,০০০

অনীশুবা থুংনম—১৯৮৯ ইং
শকাব্দ ১৯১১ কালেন
কপী মশীং—২,০০০



মমল লুপা ১৬৫/-

নম্বম
আর বি প্রিন্টিং হাউস
নাগমপাল ইম্ফাল।

# ৱাহয় অমনিদং

"চৈথারোল কুম্বাবা" হায়বসি মণিপুরীশিংগী তাঙলবা মরননি। ইতিহাসকী মচাকশুনি। অমুম্বা নিংথৌ নিংথৌনা পাল্লিবদা নিংথৌগা মরী লৈনবা অমসুং মপানগীসু থৌদোক কয়ামুক ইশিলহৌবসি মৈতৈ জাতিগী তোপতোপ্পা সংস্কৃতিগী শক্তকনি। আসামগী অহোম হায়বা জাতি অমুদা অমুম্বা "বুরঞ্জী" হায়দুনা ইশিন্দুনা থমনৈ। লাইরিক অসিগী মতেংনা মণিপুরগী ইতিহাস—মৈদিংগু পাখংবনা পানবা চহী খৃষ্টাব্দ ৩৩দগী মথং অমা তানা হৌরে হায়না লৌবা ঙম্মবে। মপুংদি নিংথৌগা মরী লৈনবা থৌদোকশিংনা ওইরবসু লৈবাক্কী শীংথানবা য়াম্না থৌদোক কয়া পাউ শীবদং ওইনা ইশিন্দুনা থনমই। অয়াম্বনা তেম্মি; ইঙিংতনা অচৌবা থৌদোক থাথোকপু তাকই। অদুবু লাইরিক অসিগী মতেংনা হৌগ্রবা মতমগী শক্তক খঙদি তাম্মোকচল্লি হায়বমক য়াই।

রাকম অমতংদি হৌদোকচনিংই। হৌক্তিক যংলিল্লা চৈথারোল কুম্বাবা অসি কয়ম্বা চহীদা ইবা হৌখিবনো? পাখংবগী ৩৩-দগী চপচানা ইশিনবা হৌরবরা? পাউথুম অকম চংনরি। খৃষ্টাব্দ ৩৩দগী পাখংবগী মতমদগী ইশিনবা হৌরবনি হায়বা অমা, মৈদিংগু ক্যাম্বাগী হাক্তক্কী খৃষ্টাব্দ ১৪৬৭তগী ইবা হৌখিবনি হায়বা অমসুং খরগী মহুতনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতম খৃঃ ১৭৮০ দগী ইবা হৌখিবনি হায়বা অম। পাখংবগী মতমদগী হৌবনি হায়বসিদা লৈশ্না পুদা য়েংলুরগ ওসুংলুং নিংথৌ ৫৭ মখপু কায় ১ ৮ মুক্তা লোইনা ইশিনবা অসিনা চিংনমনিংতাইবনি। ইতিহাসকী মচাক্কি ওইতমগনি, নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা ইশিনবা ওইরমগনি থাজদে। পণ্ডিত রগী মতম্তা মৈদিংগু ক্যাম্বগী হাক্তক্তা কুম্বাবা ইবা হৌখিবনি হায়বসিমদি কমদুম থাজনিংতাই ওইত্রা খল্লি। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্কী কুম্বাবগী মই অসিসু কনা নীংখিমা শেমদোকখি হায়বসিমসু পুম্নম্না য়াদ্রে। লোন্দারোমদা য়েংলুরবসু ১৫ শুবা শতাব্দীনমা থোইনা পক্কায় কায়না উদে। লাইরিক অসিগী লামায় ৯ গী হৌগৎলকপদা য়াওরি—"তখেন রামচরণগী কুম শকাব্দ ১৭০২ অসিদা শ্রীশ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কাঞ্চিপুরদা লৈরিবৈ মতোল ইবুংঙো আনন্দশাই থাইরাকপদা হায়দোক্লুমা চৈথারোল মাঙথ্রববু অমরক লিংখৈএ।" মতাং অসিদা সম্পাদকশিংনা লৌরিবা—"মতম অদুদা লৈরম্বা পণ্ডিতশিং অমসুং মী অতৈ অতৈগী লাইরিককী লৌথকুমা ইখিবনি" হায়বসি খনবা

য়াবা হাকমনি। মরমদি কুম্বাবগী কপি অমা অমিত্ন শিন্দোকনরম্বা য়াই নত্রগা ইতিহাসকী মচাক ওইবা লাইরিক করাম্ন অমুক তাররম্বা য়াই। কোন্থুংগী মপান্দা লৈবা কপিশিংদগী অমুক শিনজিন্দুনা হাপচিনবনি হায়রবস্নু থাজনীংঙাই ওই। অত্থুগা মসিমদি লোয়নদনা প্রমাণ তৌবে—চৈথারোল কুম্বাবা ইবদি রাজর্ষিগী মমাঙদগী হৌনা চৎথরক্লবনি। লাইরিক অসিগী লোমসিনা পঙলি লিদনা অমম্নং মশক অমতদা হৌবদগী 'লাইবা কাওবা চংপওম তৌবনা শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা মাঙখিবা শরুকশিংম্নু পণ্ডিত কয়াগা তারম্থুনা থিকরগা অমুক ইথোকরম্বগ্নু য়াই। অদুগা কুম্বাবা অসিমক ইবা হৌরকপমা মৈদিংঙু ক্যাম্বাগী হাকতগী ওইরম্বম্নু য়াই। লামায় ১০গী ময়ায়বাইদা পল্লিবা "শক ১৭০৭ হিয়াং লোইমা চৈথাবা হৌএ" হায়বসিমক্লা নিংথৌ ক্যাম্বগী মতমদগী কুম্বাবা অসি ইবা হৌরবমা হায়বসিমদি কম্না থাজহল্লি। হাকম অসি তুংদা হৌরক্লিবা রিসার্চ স্কোলারশিংগী মথুত্তা শিন্নজরে।

লাইরিক অসিবু মরামগী মিৎয়েংদা চিংশিনজবা ওমকম্নবা অসিদি তশেংবদি—লৈখিত্রবা মণিপুরগী তাঙলবা পণ্ডিত লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল-সিংহগী চহি কয়াগী হোৎনবীরম্বগী ফলমনি। পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগা অমিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদমা সম্পাদন তৌবগী ভার শিন্নজহুমা চহি অম অনিসি চথজরকপনি। অমাবদি লৈখিত্রবা পণ্ডিত ইবুংঙোহলদি মমঙনা নীংখিজমা তাইবং ওইরকপা অসিমদি উদমা চৎখ্রে। অদুবু অসিগুম্বা মণিপুরীশিংগী তাঙলবা লমবু পরিষদতা শিন্নবীরম্বা অসিগীদমক্তি লৈখিত্রবা পণ্ডিতকী মকমদা পরিষদনা লমন তোক্লবনি। পণ্ডিত খেলচন্দ্র সিংহবুম্ন থাগৎচরি।

লাইরিক অসিদা পন্দুপ থায়দমা চৎথবগী মই অসিমদি থায়দগী ইরম্বা মশক অদু সম্পাদকশিংনা কায়হম্নীংদনা তৌবনি। অসিনা নিংথৌ নিংথৌগী তাংকক নাইনা চৎথবগী মওংম্নু তাক্রে। অপাবগী মকমদা খুদোং চাদবা থমদি শোয়দনা থোক্রগনি চিংনৈজে। অসিমবস্নু লামায় ৬৯১ দগী ৬৯৪[1] কাওবদা থাওরিবা পালম্বা নিংথৌ ৭৪ গী মিংশিং, পানখিবা মতম, পালম্বা চহি অমম্নুং য়াওকম লামায় অসি য়োংবীরবদি থরগী মথৈদি হুংঙাইবীগনি নীংজৈ। মতমনা খুয়োমখিবনা অসিগুম্বা লাইরিক্তা শীনবা Index

১। অনীতুবা পুৎনমগী লামায় ৬৯১ দগী ৬৯৪

মচিংবন্থ হাপচবা ঙমজখিত্রে। মথংগী সংস্করণদা ঙমজগনি হায়না আশা তৌজরি।

লাইরিক অসি কোওমবা হোৎনজবদা মতিংকচানা পৈশাগী তেংবাং-পীবীরকপা মণিপুর সরকারবু ধন্যবাদ তৌজরি। মখদা অমস্তুং কোওবদা মশক কজহনবীবগীদমক ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেসকী কর্মীশিংবুস্থ থাগৎচরি।

এলাংবম লৈকায — এলাংবম নীলকান্ত

৩।৪।৬৭ — জেনরেল সেক্রেটরী

# ৱাহৌদোক

## ( ১ )

লোকখিবা খোঁদোক মক মক ওইবশিং অমু লৈবাক অসিদা পামখিবা নিংথৌশিংগী সনা হাকচক্তা লৈবা পণ্ডিতশিংনা অহুম্বা শোক্কী থাখান অমম্মুং মুখিং অমুদা অচুম অচুম ওইবা খোঁদোক লোকখি হায়না চৈথারোল কুম্বাবা কৌবা লাইরিক অসিদা ইশিল্লি। যাদি খৃঃ ৩৩ দা যম্বাল কাখিবা নোংদা লাইরেন পাখংবগী চৌনা ইরকই, করম্বা নিংথৌনা বম্বা শোক্তা নিংথৌ ওইখিবা, চহী কদা পানখিবা, সনা হাকচক অমুদা নহি কনি শা- লান লোকখিবা, করি মু নিত্তা নিংথৌ খুবম থ'দোনখিবা লৈবাক অসিদা অনৌ অমোবা পোং বরম্ব' মতমদা থৌদোকখিবা, মীবৈবাক্কী করম করম্বা মীওই নৈথোকগী লৈবাক অসিদা লানখিবা অমম্মুং মথোযন' কনি কনি থৌখিবা হাযবনচিংবা অযাম্বা মরম লাইরিক অসি পারগা নগবা ঙম্মী। খুনম ওইনা হাযরবদা কনেক কিদাম্দা পোই লোনবা অসি মৈদিংঙু মাংলৌ কৈকাবগী হাকচকনি (শকাব্দ ৮৯: ৯০৬), লাইরোম মিংসংনা চৈথাবা কুম শোন .৫৭৪ হয়েন থা লংমাইচিংদা কৈদিংঙু থাগেম্বা শি অসিমচিংবা। লাইরিক অসিদা চৈথাবা মৈমী মিং শোক্কা কোমবা মথং মনাও লাইমা চহী চহীগী ইথরকই। চৈরাউনা মুদিংতা নিপা অমমমনা লাকদৌনিবা চহী অসিদা থোক্করবা লৈবাক নিংথৌগী কত্তবা পূম্মক ঐ পুঞ্চগে হায়চুনা নিংথৌগী অমম্মুং লৈবাক্কী অচম অপো যাইথোক থমনোক্ত মরামগী মতাঙদা চোংথোক্কনা লাউই, মাসিমু চৈথাবা কৌই। মী অমুগী মমিং হায়রগা কুম অমুদা চৈথাখিবনি হায়বা থংনৈ। মণিপুরদা নিযাম্দা মতমাকনা পানবা মতমদা খৃঃ ১৪৮৪ দা কিযাংলোযনা ইহান হায়া চৈথাবা হৌখি। চহী অসিদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা কুম খুদিংগী নিপা অমমমনা চৈথাবি। মৈতৈগী তম্মংলাগী ইবদা চৈথাবা মীগী মমিং ইনবি। সনা কোম্মুং পণ্ডিত লোমশঙনা হৌজিকসু লাইরিক অসি ইথবি। মৈতৈ চেদা মৈতৈ মরেকনা ইবা চৈথারোল খুম্বাবা অবিবা লাইরিক করা হৌজিকসু থুরক্তা লৈনরি। লৈবিবা লাইরিকশিং অসিগী মঙ্গংদা থরদি মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) মহারাজগী সনা হাকচক ফাওবদা মাংবা থোংমৈ। চৈথাবা হৌখিবসি শক ১১০৬ তনি হায়না ইবা লাইরিকসু যাওই অম্মগা কুম্বাবা থবদনা শকাব্দ ১৪০৭ তনি হায়না ইবসু থোংনৈ। চৈথাবগী মমিং মথং মনাও লাইনা

শকাব্দ ১৪০৬ ডগী শকাব্দ ১৮৮৮ কাওবগী লামায় ৬৯৭ দগী ৭০৫ কাওবদা ছাপচরি। লাইরিক অসি মণিপুরগী রাজা করবা Diary অমসুং Royal chronicle নি। মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং ইতিহাস তৈবদা মীশিংদা লাইরিক অসি রাজা কায়গনি। মণিপুরগী হান্না পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মিষ্টর সিঃ জিমসনা মণিপুর থাদোক্লমদাই ১৯৪৬ ইং ডিসেম্বর থাদা মতম অদুগী মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেন্টতা চৈথারোল কুম্বাবা কৌবা লাইরিক অসি তৈরৈতরোল অমসুং ইংরেজী লোন্দা কোহনবা লুপা ১০,০০০ (লীশীং তরা) থক মহাক্কী দাম ওইনা পীরম্মী। অদুবু লাইবক থোংদগী হায়রিবা শেল অসি ত্রিপুরা মোডর্ণ বেঙ্কতা থম্বদগী বেঙ্ক কায়বদা মাংখ্রে হায়হনা শেল অদু লোইনা থবক অসিদা শীজিন্নবিংঙ্গে হায়না তাজে। মণিপুরগী কলচরদা থবায় য়াওবিরম্বা Mr. Gimson, I.C S. গুপ্ত ঐথোয়না থাগতবা তৌদে। হৌজিক কোক্তরিবা কুম্বাবা অসি স্বর্গীয় লাইরেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহ সব্যশাচী লো কলেজগী প্রিন্সিপাল অমসুং রিটায়ার্ড ডিষ্ট্রিক্ট এণ্ড সেসন্স জজনা মরম্লাই ছাপা নমগে তৌরম্লগী পুকচেল চাইবগা লোয়নমনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদতা লাম্বোকপিরকখি অমসুং পুন্সিগী অরোইবা মাহিপ তাখিরবা কাওবা লাইরিক অসি ছাপা নমথংলকপা তংথাই চন্নবা কাওবা লাইরিক অসি সম্পাদন তৌবা য়াওবিরম্মী। অবাবদি অসিগুম্বা পুকচেল চাউরবা মরৈবাক মীংলবা সাহিত্যিক অসি লাইরিক অসি মপুং কানা ছাপা নম্বা লোইহৌরিদা ইং কুমজা ১৯৬৬ জুন তারিখ ৯ দা থাধা কুওদা পুন্সি চেঙজেল লোমখি। অসিগুমলবা মণিপুরগী মগল য়ামলবা সংস্কৃতি, ইতিহাস অমসুং সাহিত্যগী পুকৈ অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মঙ্গল চপ চানা থঙবিহনা ছাপা তৌহনা কোংদোক্নবা থৌরাঙ তৌবিবসি তৌগদৌবা মথৌ থওবা সংস্থান অমনি হায়না থাগৎচরি।

লাইরিক অসিদা করিগুম্বা অশোয় অতাম য়াওরম্বা থোক্লবসু কনাগুম্বা অথঙ অহৈশিংনা তাকপিরক্লবদি য়াম্না যুংঙাইজগনি অমসুং মথংগী খুৎনমদা য়াবমথৈ চুমথোক্নবা হোৎনজগনি।

লমদা ১৩নি পানবা
তাং ২৪।৩।৬৭ ইং

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
উবিপোক

( ২ )

মণিপুরেশ্বর মহারাজ স্যার চুড়াচান্দ সিংহ কে, সি, এস, আই, সি, বি, ই গী থৌজান্দগী চৈথারোল কুম্বাবা কৌবা লাইরিক অসি চৈথৈ ময়েক্কী বাঙালা ময়েক্কা ইংলোক ১৯২৫ গী অক্তোবরগী হৌনা পণ্ডিতশিংদগী ফংবা হৌই। মসি মপুং ফানবা হোৎনবদা চহী কুম্থ্রামাথোইরোম চৎই। ইংলোক ১৯৫৬ তদি ছাপা মথা য়াবগী থিবমদা লৈরে। মসি ছাপা নমগে হায়না ঐনা থবক পায়থৎলক্লবা মতমদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা কুম্বাবা মথা পান্থি হায়বা উবদগী লমাই মমগদবগী মহুত্তা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদতা ঐগীদা লৈরিবা কুম্বাবা অসি নথিবু হায়না পুথোকচথি।

লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ

তাং ১২। ৬। ৬৫ ইং।

অচৌবনা মৈতৈ ময়েক্কা শিন্নোক্লবা অমদি হায়া পরিষদনা কোঙপ্রবা অহূনগী থবা কেমগা চথমা ইরবা বপী অহূমনু।

৪। পণ্ডিত শ্রীনোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, সাহিত্য রত্ন, পণ্ডিত অচৌবগী মথুক্তা লৈবর। মৈতৈ ময়েক্কা ইরবা বপীশিং অসিনি।

কৃপা চাংদমরবা মতুংদা ঐথোয়গী হন্দকী সম্পাদক্কা লাইরিকশিং অহূদা পুম্না ম'মনা কংবা রাকম থৌদোক থবা হন্দকী পুৎনম অসিদা হোংদোকপা থেংনবিগনি। পুদম ওইনা "মৈতৈ লাইরিক মাঙমএ" হায়বসি হায়গী লাইরিক অসিদা থেংনদে। মহুগী মহুত্তা "মৈতৈ লৈমা মাঙহনবা" হায়না য়াওবা উই। অসুম্না মফম মফমদা অওনবা থবা থেংনবিগনি।

অসিগুম্বা অওনবা অসি নওবা হন্দকী পুৎনম অসিদা ফংবিগদবা থবশিং ফুট নোটশিংসি. আরিক, ইংরাজীগী কোটেশন, ইংলিস রেণ্ডরিং, থৌদোক শংদো চাউপা খরা অসিনি। হৌবগীদি শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজনা পানবা মতম অহূরাইদগী হৌরকপা. হায়নদা ওইনা তৌই ইংরাজীগী রেণ্ডরিংশিং অসি। হোংনরিবা অসিগী পান্দমদি হেক্লা নপা থিজিন্নবা ছাত্র, ছাত্রী রিসার্চরশিং অপাবা পুম্নমক, মখং ছঞ্জিন্ন' লোন্তুনা নত্রগা কোঙদোক্ননা লৈরিবা বুপাবদা পাউথোংগুমনা লৈরিবা থবদু নত্তিক মখক নাইবা লাইরিক, রেকোর্ড কয়াদগী থোমজিল্লগা, বাময়া থবদা ওইরবসু পীবা চয়নবা হোৎনদমি অহূনা কাঙলপ অসিদা তংশংনা হন্দকী পুৎনম অসিনা ব'য়বা থবগা হেক্লা পীরগনি হায়বগী থাজনসু লৈজে।

থেমবা অমগনা, হ'মগীদা নিংথৌশিং অহূগী অরোইবা অচৌবা থওদনা পাকতরনা ইরসগী নঙ অহূ পুম্নমক্তা কামনব', হেক্লা কোয়া লাইনা নিংথৌ অহূগী মতম থওবা ঙমনা, হেক্লা সিস্তেমেতিক ওইমনবগীদমক নিংথৌ নিংথৌশিংগী ওইনা চেপ্তরাইজেসন হন্দকী পুৎনম অসিদা তৌজরে। হায়দগী নিংথৌ অমগী থৌদোক রাথোক পুথোকপদা শোয়দনা থুনা লাইনা পুথোকপা ঙমলগ'ন লৌইজ।

অসিগুম্বা চাউরবা প্রোজেক্ট অমা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা অঙম্বা শেলগী তেংবাং পীনবিয়কথিবা, ভারত সরকারগী মিনিস্ত্রি ওফ হ্যুমেন রীসোর্স ডিভলমেন্ট, ডিপার্টমেন্ট ওফ ইডুকেষন এণ্ড কলচর, প্রি-পব্লিকেষন সেল লৌবিথিবা ইবুংগো ইবেম্মা পুম্নমকপু থাগৎচে। পরিষদকী অকুপ্পা থৌদাবু লৈবাকী সেবানি থমা অরাবা কয়া থাঙহনা কপী কয়াগা চাংদমথিবা, অমুক

হয়া ইথোকপগী অবাবা কয়া লৌবীখিবগা লোয়মনা প্রকমচিংবা লৌবগী, চুমথোক চুমশিন ভৌমবগী মরীদা মকম কয়া চৎপগী অবাবা লৌবিখিবদা ওসি লাইরিক অসি কোঙবা ঙমখিবনি। মরম অসিমক্তা পরিষদনা হন্দকী সম্পাদক শ্রীএম, খেলচন্দ্র সিংহবু থম্মোয় শেংনা থাগৎলি।

অরোইবদা, চাউরবা লাইরিক অসি অকক্লবা মতমগী মনুংদা কোঙ-দোকতবা য়াদবা ওঙাই কদবা ফিভম অমা লাকখিবদগী অহিং মুংথিল থাক্তনা শুহনা কোঙদোক্লবা হোৎনবিখিবা, অবাবা কয়া মাইপুনবিখিবা আর, বি, প্রিন্টিং হাউস, নাগমপাল ইম্ফালগী পুকচেল চাউরবা থেমেজর অমসুং শিন্নৌ ইচিম ইনাও পুমমকপু পরিষদনা হয়া হয়া থম্মোয় শেংনা অমুক্তা থাগৎচরি।

ইম্ফাল, **শ্রীথোকচোম যোগেন্দ্র সিংহ**

তাং ১৬।৫।৮৯ ইং জেনরেল সেক্রেটরী।

# ৱারোল থরা

"বড় সাহেবনা গারোত্তা কমহনা পণ্ডিত কৌশিন্দুনা চৈথারোল কুম্বাবা অসিবু নিংথৌ কনানা লিংলবনো হংএ। কিয়াম্বদগী ইরমএ, হৌবদি পাখংবদগী হৌএ, খুমএ।" মণিপুরদা চৈথাবা হৌবা মৈদিংগু কিয়াম্বগী হাক্তগী হৌখি। কুম্বাবদা ইরিবা শক অসি শকাব্দনি, খৃষ্টগী ১৫ শুবা চহী চাদা কিয়াম্বা মহারাজগী হাকথা লৈরম্বা লাইরিক ইকথিংলা শকাব্দ অমম্বং কলিগী কুমশীং (কল্যাব্দ) শীজিন্নবে হায়বসি লাইরিক অসিগী অহানবা লামায়দা ইরিবা—"কলিগী কুমশীং ৩১৩৫ শুবদা মৈদিংগু পাখংবনা নিংথৌ ওইএ। . .... পাখংবনা নিংথৌ ওইবা চহী ৪৫ শুরকলবদা শকাব্দ অমা হৌএ।" হায়বসিনা অশেংবা তাকই। খৃষ্টনা পোকদবা চহী ৩১০২ দা কলিগী চহী হৌই[1] অদুনা কলিগী কুমশিং ৩১৩৫ হায়বদি খৃষ্টাব্দ ৩৩ দা লোংদা লাইরেম পাখংবনা নিংথৌ ওই।

চৈথারোল কুম্বাবা অসি সমা কোন্নগী পণ্ডিতশিংনা ৱাদিংগু কিয়াম্বগী মতমদগী ইথরকপ হৌভিক কাওবা মৈতৈ মহেক্কা মৈতৈ চেদা ইথরি। চৈথাবা নিপা অদুদা চৈথাখিবা কুম শকাব্দ অদুগী অহৌবদগী চহী লোইবা কাওবগী মচুংদা থোকখিবা মক ওইবা থৌদোক মখৈ থা থা অদুগী মিং, থাবান, হুমিং হায়দুনা ইবা চংনৈ। কবি করিগুধা মতমদা লানগাইনবগুম্বা থোকপদদি লান কায়কবা হুজিন্নকলগা নিংশিংদুনা থৌদোক মক ওইবশিং অদু ইশিল্লি। খুদমদি—ঔধা লানগাইনরুবগী হজিন্নকলবা মচুংদা অদুগা ১৮৯১দা থোকখিবা লান অদুগী মচুংদা ইশিল্লি—"শকাব্দ ১৮১০ কালেনগী ১৭নি নিংথৌকাবদা .. ... মাইবা শগী পণ্ডিৎপু চৈথারোল কুম্বাবা পুথংলো হায়দুনা পুথংলে। কংলাদা থমএ। . . .. ইঙা থা ৮নি নিংথৌকাবদা চৈথারোল কুম্বাবু কংলাদা কমদুনা ইবা হৌএ।"

নিংথৌরোল লম্বুবা, মোইরাং নিংথৌরোল কম্বুবা, থুমম কংলৈরোল্লচিংবদা শা লানগী থৌদোক কয়া মথিক চুম্না ইরবত্ত থৌদোকশিং অদুগী তারিখ থাবান-চিংবদি ইদে। কুম্বাবদি মতম, থাবান কুমশীং ই।

লাইরিক অসিদা করম্বা কবি লাইরিক ইখিবা, কমামা ইখিবা হায়বদচিংবদু

---

১। কলি—The fourth age of the world, the iron age beginning from the 13th of February 3102 B C.—Prin. V. S. Apte's the Practical Sanskrit English Dictionary Part 1 Page 546

থোংনৈ। মৈতৈ লৈমা, মৈতৈ নিংথৌ অমদি অতোম নিংথৌগী কহ্নান মিংচমজ্ঞ ল ইরিক অসিদা ইরি। লাইরিক অসি কুপ্না নৈনরবদা কনাগী ফনানো হায়বম-চিংবা ইতিহাসকী কান্নবা মচাক মখল মখেন কয়া থেংনবিগনি। খুদম ওইনা পনবা তাঙবদা মহারাজ গম্ভিরসিং কবি মুমিংতা ফরম্না চহীদা পোকপগে হায়না থিবদা ফুম্বাবদা ইরি—"অকোইজম খোংজোম্বগী কুমদি শক ১৭০৯ চন্দ্রাব্দ ১১৯ কাইবেন থা মুমশকৈশদা ইবুংশিজ খোংজাইওম্বগী মনাও পোকএ।"

শঙ্গাই ফম্মাং কৌবা লাইরিককী থম্ববদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজকী মচা ইবুংঙো বিশ্বনাথকী মিং অমা খোংজাই ওবা কৌই। "শ্রীমতি মৈতৈ লৈমা নোংম্বোম খুমবোং মমুম চনু অদুং লাম্ববী থাজ্রন অংগো ফাবীনা শ্রীসনা বিশ্বনাথগা শ্রীসনা গম্ভীর সিংহগা অনীমা পোকএ। • শ্রীসনা বিশ্বনাথ খোংজাইওম্বা যুবরাজমা নোংথোনবম চনু হেমাবতীনে খুমুকচম চনু ইন্দ্রমুখিনে লৌরিয়াম চনু মুবদনীনে চোংথাম চনু ললিতমালানে মরিমা পাম্মনা নোংথোনবম চনুনে খুমুকচম চনুনে অনীমক্তি পোইনাইদে।" —শঙ্গাই ফম্মাং।

লাইরিক অসিদা অশোয় অতাম চিথ-থান্থ যারোইলবসু মথংগী খুংনন্দা চুমথোকচগনি।

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

মখোনগুম থোংঙে। অদু মতুংদা শন মউঙ্মা ত্থিংবদগী পুং মখোংদা থোবখিএ[1]। মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্না চহী ১১০ পাল্লমএ॥

৩

## মৈদিংঙু তাউথিংমাং

শকাব্দ ১৮৬ তা তাউথিংমাংনা[2] নিংথৌ ওইএ। তাউথিংমাংগী হাকথক্না ময়াম্বা য়োইনোংবগা লোয়নত্তুনা মণিপুর লৈবাক্কী ভুবেল খংবক অম্মুন তৌথখিবদা লিলোং হেক যৌবদা ফুনাল তেলহৈবা কৌবা অমনা ঐগী লমদা ভুবেল তৌফদে হায়বদগী ময়াম্বা যোইনোংবনা নোংচুপ পান্না পৈথখিদুনা তৌপ্রবদা মনা তাউথিংমাংনা ইযাম্বা কযা কুইপ্রবগে হংবদা ফুনাল তেলহৈবনা কুইপ্র খুমএ। তাউথিংমাংনা ইযাম্বা যংনবা ভুবং শমগে হায়বদা ফুনাল তেলহৈবনা ইবমনি চংফরোই হায়দুনা লান শোকনৈএ। ফুনাল তেলহৈবগী তেম্মা তাউথিংমাংব কাপথাযএ। খোযবি লিনশাং থোক্লুনা ঈনা ঈতং ঙুচা তাউথএ। অদুগী ঙাংলো[3] কৌখিএ। তাউথিংমাংদ ময়াম্বগী মত্ ইন্দুন চংখিএ। মখাদোন্দা।

১ শজি অমত্তং কৈ মউঙ্মা পুং ত্থিংবদি মখোন ফংক শন মউঙ্মা ত্থিংবদি পুং মখোং কৈ। মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোকী মতমদা পুং ত্থিংবগী মরমদা ফি দৌলোন লদ্বদা হায়:—

"অরাং কৌবা লম্বহনগী যাওর্বা শজি নবাংতান নবাং মউন কৈনা চনা ( শজি মউন থোক্তুনা ) বাংলেন পুং তম্বু বাংলেন পুংলোন থোক্ফিএ। য শদৌ শজি নবাং লোন্বু লোনথোকখিয়ে। কোরৌ ভমিংসাদি অরাং লম্বমখি লোনলোক লম্বহনগী ( লাইরেন শজিগী ইরেংবম ফাওবদু লোনলোই কৌই ) পাফ কৈরেন মান কৈরেন মউন কৈনা চনা বাংলেন পুং তম্বু বাংলেন পুংলোন থোক্তখিয়ে। পাফ কৈবাংলোনবু লোনথোকখিযে। কোরৌ ভমিংমাদি মানবী চবমে কাও কাওরেন লেংবা শন নেংতা লাইরেন পাখংবা মচা শেম্মা কোংভিক্ফ ফামল মকমু হাউমৈচোনবু মানবী নুবাং মউন কৈনা চনা কোংযাং চকো মীতম কোন লেদা থারোই শেম শউন থুবৈ ত্তি থাহ্রোই লী পুনশি কাচেং লিথা থৈনা লিরেন পাগা কম্মা বাংলন পুং ত্থিংবদু বাংলেন পুংলোন থোকলকলে। অদু নোংগীবু মৈতেংঙু খুইয়োই তোম্পোক শথোং পুং পুথোকপা-ও তৌনা কৌএ।"

২ তাউথিংমাং—মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোকনা নোংবাম্মোন নোংযোইত অহোংবী পামহনা য়োইযোংবগে, তাউথিংমাংনে লৈমা লাইরোকলেম্বীনে মচা অতম পোকখি। লৈমা লাইরোকলেম্বীনা খেৎপ্রগী নিংথৌ কৌবা মওাংডাদা ওংই। —ভুজেংলোন

৩ ঙাংলো—ইন্দালদগী মাইল ৮ লোম লাপই।

## ৮
## মৈদিংগু নাউফংবা

শকাব্দ ৩৫০ দা নাউফংবনা[১] নিংথৌ ওইএ। মাসিগী মখৈ মী তারকএ। কাইরেমাগা য়াওরেবা চহুগা ২মা পাম্রদুনা কাইরেমানা সমৈরাং পোকএ। য়াওরেবা চহুনা থমংলাং পোকএ। নাউফংবনা চহী ৯০ পাল্লমএ।

## ৯
## মৈদিংগু সমৈরাং

শকাব্দ ৪৪০ দা সমৈরাংনা[২] নিংথৌ ওইএ। থমংলাংনা নিংথৌজাগী য়ুম্লাক তাবা হৌখি। অঙোমগা লাল শোকনৈএ। অঙোম নিংথৌ কাকপা থবাম্বাববু[৩] হাত্নুনা লোই চল্লমএ। অকল অথৌ চাক থাউবসু অদুগী মখৈ হৌএ। সমৈরাংনা চহী ৫০ পাল্লমএ।

---

চেঙজেন লোইরমদাইদা নিংথৌগী ফংঙাইবা সম্পত্তি থাদোক্নুনা চংখিবসুগা মপিদুংগী নিংথৌশিংসু মৈহৌরোমগী হোনা মৈদিংগু নাউথবা ফাওবসি নিংথৌ থুবম থাদোক্নুনা চংখিরবা তাই।

১ **নাউফংবা**—চেংলৈগী নিংথৌ থাংমি খোংজোম্বনা য়াওরেবা চহু পাম্রদুনা গর্ভ লৈখিনা থাবুম মঙা তুরবদা মৈতৈ নিংথৌ নাউথবনা য়াওরেবা চহুবু মুপ্নুনা দোৎখি। মচুক থবগী মতুংদা য়াওরেবা চহুনা নাউথবগীদা থাংমি খোংজোম্বগী মপারি (মচানুপা) নাউফং অহনবা পোকখি। মতম থরা লৈরগা য়াওরেবা চহুনা মৈদিংগু নাউথবগী মচা নাউফংনা পোকখি। মৈদিংগু নাউথবা লোম্নাদ্রবদা নিংথৌ থুবমগী রাথোক অমা থোকখি। নাউফং অহনবগা মনাও নিপা নাউফংবগা। অনিংনা উকপদুনা দাই হায়েন মাঙাম মনাওদা য়েংনবদা মনাও নিপা নাউফংবনা নিংথৌ ওইবা তারদুনা ফমাল কাখি। থাংমি নাউফং অহনবনা কুম্বা পাং অদুবু য়েকশোম পাং কৌখি, অদুগা নাউফংবনা লুপ্পা মফম অদুদুনা য়েকলা পাং কৌখি।
—চেংলৈরোন

২ **সমৈরাং**—মৈদিংগু নাউফংবনা থৌবান নিংথৌ য়োইরাংপোক পুম্লিবগী মনাওনিপা য়ায়মা কচেং থুম্নি য়াবনা পোকপী থয়োইরোন কাইরেমাগা য়াওরেবা চহুগা পাম্রদুনা থয়োইরোন কাইরেমানা সমৈরাং পোকই, য়াউরেবা চহুনা থমংলাং পোকই। থমংলাংগী থাবাদি : ১। য়েংথোম ২। কৈথেল্লাকপম ৩। থোইরোম। সমৈরাংনা নিংথৌ ওইখি।

৩ **অঙোম নিংথৌ কাকপা থবাম্বাবা**—অঙোম নিংথৌ লাইরেন হিংবাগী মচা অচৌপাবা হাওশিনকা চারনফাবনা লুক্রাম লোংটন ফাবা চহু পাম্রদুনা কাকপা থবাম্বাবগা কৈমুগ মচা অনী পোকই। কৈমুগী উদি থাঙেমমনি। অঙোম নিংথৌ কাকপা থবাম্বাবনা হোউথুঙবী কৈশিংন্বী পাম্রদুনা লোংপোক কাওশোবা পোকই।

১০

## মৈদিংঙু উরা কোম্বোবা

শকাব্দ ৪৯০ দা মৈদিংঙু উরা কোম্বোবনা নিংথৌ ওইএ। শেনলোই লংমাইনা হাওকপ চীংশাং খুনকম ঙাংচেং লান-নাবা লাকপদা উরা কোম্বোবগী মনাই কাত্তেন শোয়শঙববু লাকচরমএ হায়রবুনা শেনলোই লংমাইনা[১] হাওকপ চীংশাং খুনখম ঙাংচেং[২] ঙমহুনা হল্লকপদা মৈতৈনা নাগা মপান্দা[৩] লুনহুনা ঙমনা হাৎএ। লানপু অমদগী স্থপনা মী ১০ দা থিংখিএ। উরা কোম্বোবনা চহী ৯০ পাল্লমএ। মতুংদা চহী ৫ নিংথৌ পান্দে।

১১

## মৈদিংঙু নাউথিংখোং

শকাব্দ ৫৮৭ দা নাউথিংখোংনা[৪] নিংথৌ ওইএ। শকাব্দ ৬২০ দা পোং[৫]

— — — —— - — — — —

**উরা কোম্বোবা**—মৈদিংঙু সৈমংবানা কপোং নিংথৌচঙ পায়রবুনা মৈদিংঙু উরা কোম্বোংগা পুংমাইগা অনী পোকএ।

১ **শেনলোই লংমাই**—লোংমাইথিং চীংদা লৈবা মী কাঙলুপ অমা।

২ **হাওকপ চীংশাং খুনখম ঙাংচেং**—লাঙোন চীংদা তাবা খুলপি।

৩ তেংগাপোকপী অমসুং মতাই খুল অনীগী মরক্তা চেল্লিবা তুরেল।

৪ **নাউথিংখোং**—মৈদিংঙু উরা কোম্বোবনা থাবরোন লোংজেংগা লোংবাল্লোন হোইমাম্বীগা অনী পায়রবুনা থাবরোন লোংজেংগুনা লাউহল্লে, মোইচারোল্লে, নাউথিংখোংনে, নিংথৌবাঙানে মচাশিপা মনি পোকই, লোংবাল্লোন হোইমাম্বীনা কৌবারু লাই কোকপু পোকই। কৌবাগা লাই কোকপুগী চৌদি লৌবেমনি। মৈদিংঙু উরাকোম্বোবগী মতুংদা নাউথিংখোংনা কপাল কাখি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংবু খোঙনেমবোর খুঙাউ হায়নস কৌই। মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা লোইথিং কৌওই চীংদা তাররবা মঙাংশিংবু মায়থীবা পীখি হায়রবুনা মৈতৈ নিংথৌ অশিবু মঙাং কোনখুচা (মঙাং নিংথৌ পুন্সিবগী মচা নিপা) অতেংবু কাইনা হনবা মৈদিংঙু নাউথিংখোং মঙাংঙম্বা কৌথি। —নিংথৌরোল লম্বুবা

৫ পোং—The Shan kingdom of Pong was formerly bounded on the north by the range of hills dividing Burma from Assam; south it extended to Khampat, west to the Yoma range, east to the Yunan The capital was Mogoung After varying fortunes, it was annexed to Burma in 1752

—*Gazetteer of Manipur by Captain E. W. Dun, Calcutta 1886 p 186*

নিংথৌ সুকানফাগী[১] মনাও সামলুংনা[২] পাশা য়োনা লোই চম্লুবগা মৈতৈবোমদা থোক্লক্ত্‌না অপোং ইংখোন্দা[৩] চহী ১০ লৈবমএ। অবাংলমদা ইবিল মকলমদা চংখিএ। নাউথিংখোংনা চহী ১০০ পাল্লমএ।

## ১২
## মৈদিংঙু খোঙতেকচা

শকাব্দ ৬৮৫ দা মৈদিংঙু খোঙতেকচানা[৪] নিংথৌ ওইএ। মহাকথক্তা লাংজা লৌপুংথৈদা ফমদো ৬৪ নক্তা শা তাল্লুবদা ঙম্না লাইনা লৌহুনা ঈশিংদা শিখিএ।

---

১ সুকানফা—পোংনিংথৌ মর্গনৌগী মচানি। খৃষ্টাব্দ ৭৭৭ তা পোং নিংথৌ মর্গনৌ শিরবদা মচানিপা সুকানফানা পোংগী নিংথৌ ওইখি। মাগী মমিং সুকানফা কৌহিট্টেদা সামজাম কৌরম্মি। "সোয়াবেন মচানা খুনথুবা অমহুং পোংগা মৈতৈগ লমহেন" লাইবিক্তা ইবি—"নিংথৌ সনা শক্লাব শাংগে হায়বগী মনাই মখুন লৈবাক পুম্নমক নিংথৌনচিংনা চত্তুনা উ য়াম্লবনু লাইথাপা কবোখাচিপু য়াম্বোকনুহুনা থৌরী চিংনিট্টেদা উঙ্গদা লৈবা কৈনা সেম্বোকলক্তুনা মীগী মফি যুম্মএ অড়গা মথ্ অদা যেংলে। মীগী মবক্ত কৈম যাওনা চিংলে। অহুবু উবাউবনা উরে। হিং কবিনো মীগা কৈগা হিন্নুনা উ কয়ম চিংমিন্নবনা ঐংখোয়গী নিংথৌ অসিসি থোইনা যাইফবা নিংথৌনে হায়না কৈনু যাওনা উবাউনবকপনু নিংথৌনা তায়হুনা হংলকলে। অড়দা পুম্নমক্না খুমক্কএ—হে নিংথৌ ওদ্দোকপনে। কয়ম যাইফবনো সনা শক্লাব শাবনু কৈ য়াওনা উ চিংলৈএ হায়না খুমল্লবদা নিংথৌদি যামনা হৰাউরে। অড ওইবরদি ইমিংম্ব হোংলে হায়না কৈগী লোনা সুকামফা কোরে, লৈবাক পুম্নমক্ত শংলো হায়না মিং হোংথি।"

২ সামলুং—পোং নিংথৌ সুকানফাগী মনাওনি—In the year 777 A D ,Murgnow died leaving two sons, called Sookampha and Samlongpha, of whom the eldest Sookampha succeeded to the throne of Pong Samlong, the second brother, was dispatched by Sookampha at the head of a powerful force, to subdue first the countries to the eastward, including probably the principality of Bhumo, which extends from the left bank of the Irrawattee river to the frontier of Yunan: This expedition was successful, and Samlongpha again leaving Maongmarong, is described as having arrived in the western country of the Basa king, which probably means Banga —*Report on the Eastern Frontier of British India by Capt Pemberton 1966, p. 113.*

৩ অপোং ইংখোল—কোহং অমনবগী লোংপোক থংবদা লৈবা লম অমা।

৪ খোঙতেকচা—মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা থমজবোন চীংয়াইম্ব পায়হুনা খোঙতেকচাগা পুংথৈ লাম্বরগা খনী পোকই। মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মথংদা খোঙতেকচানা ফবাল কাখি।

লোঙ পায়বা অমত্ত হিংহৌতুনা নাগী থান্না মথৈ লোংজন কৌখিএ। মোইরাং অথৌবা ৬৬ না মৈতৈদা লান্দারকপদা মৈতৈনা মোইরাং তমনা হাংখিএ। খোঙতেকচানা চহী ১০ পাল্লমএ। মতুংদা চহী ১১ নিংথৌ পান্দে।

১৩

## মৈদিংঙু কৈরেনচা

শকাব্দ ৭০৬ তা কৈরেনচানা[১] নিংথৌ ওই। চহী ১৫ পাল্লমএ।

১৪

## মৈদিংঙু য়ারাবা

শকাব্দ ৭২১ দা মৈদিংঙু যারাবনা[২] নিংথৌ ওইএ। চহী ২১ পাল্লমএ।

১৫

## মৈদিংঙু অয়াংবা

শকাব্দ ৭৪৩ দা মৈদিংঙু অয়াংবনা[৩] নিংথৌ ওইএ। মহাকথক্তা শা তানবদা মোইচা চীংদা শ অমা চেনখতুনা তানখিবদা নেংযাই খুমন মথৈনা লাকচি হায়তুনা। খুমন মথৈ তৌবকপদা মৈতৈনা তমতুনা থিংগাকক কোকচাউবা, থিংগাকক হাংশাবা, থিংগাকক নুঙনাং, অক্তই কম্বোং অথৌবা মখোয় অসি কারকএ। শাখি লাংখোং চোংবনু বাংমা লান্না চোংএ হায়বগী অযাংবা শারি লাংখোং চোংবা কৌএ। মহাকথক্তা অয়াং পল্লি থোল্লনএ। অয়াংবনা চহী ৮৯ পাল্লমএ।

১৬

## মৈদিংঙু নিংথৌচেং

শকাব্দ ৮৩২ দা নিংথৌচেংনা[৪] নিংথৌ ওইএ। হাওকৈদা লান্দাকবদা তমএ। শন ওক য়ামনা থোমলকএ। নিংথৌ চেংনা চহী ৩৯ পাল্লমএ।

---

'সোরারেন মচানা খুনগুবা' কৌবা লাইরিকদি সামলোনা লাকলমসি মৈদিংঙু খোঙ্গতেকচাগী মতমদনি হায়।

১ কৈরেনচা—মৈদিংঙু খোঙতেকচানা পুকৈরোন চহী পারুনা কৈরেনচা পোকই।

২ য়ারাবা—মৈদিংঙু কৈরেনচানা লোইচাবা চহী পারুনা য়ারাবা পোকই।

৩ অয়াংবা—মৈদিংঙু য়ারাবনা য়োইকুমলোন (লুরাং য়েক ওইবা হুয়নাকী চহী) লাবাপু পারুনা মৈদিংঙু অয়াংবা পোকই।

৪ নিংথৌচেং—মৈদিংঙু অয়াংবা শরি লাংখোং চোংবনা মৈতৈ লৈমা লাবাপু (অরাবম নিঙেউন) লৌতুনা নিংথৌচেং পোকই।

১৭

## মৈদিংঙু চেংলৈ ইপান লাম্বা

শকাব্দ ৮৭১ দা মৈদিংঙু চেংলৈ ইপান লম্বনা[১] নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্কা লুবাংযিদা[২] থি তোংলবপা লুরাংগী কাচম্ নখ ডম্না ফাবকএ। চেংলৈ ইপান লাম্ববনা চহী ২০ পাল্লনএ।

১৮

## মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাবা

শকাব্দ ৮৯১ দা মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাবনা[৩] নিংথৌ ওইরে। মহাকথক্কা লাংথবান্দগী কৈ ফায়খ অমম্মং ফনেক ফিবান্দা থোংই লেংনম তৌদোক্লে। য়াংলৌ কৈফাবনা চহী ১৫ পাল্লনএ।

১৯

## মৈদিংঙু ইবেংবা

শকাব্দ ৯০৬ তা ইবেংবনা[৪] নিংথৌ ওইরে। ইথাইদা লাইরাং লান শোরুবদা চমএ। লান্দি খম্বা শেন্দাং, খগা লংবাক অথোবা অসিনচিনা লান ১০ ফাবকএ। অমম্মং তাকনা খাদা খুমনগা লান শোকনৈরে খুননম্ চংএ। লান্দি খুম্ম মানপা সাবপতোন অসিনচিনা লান ১০ ফাবকএ। মৈদিংঙু ইবেংবনা চহী ৯০ পাল্লনএ।

— — —

১ চেংলৈ ইপান লাম্বা—মৈদিংঙু নিংথৌ চেংনা (খু: ২১০—২৪৯) মৈতৈ নৈমা লাথাপ্ পাম্বদুনা মৈদিংঙু চেংলৈ ইপান লাম্বা পোকই।

২ লুবাংথি—লুরাংলি ভুমেন: অরাংলোমদগী খা পানা চেক্কনা থোরিলোম পাক্তা ইবোইশেমগী ইরোংলা তিম্বা ভুবেরি।

৩ য়াংলৌ কৈফাবা—মৈদিংঙু চেংলৈ ইপান লাম্বনা (খু: ২৪৯—২৬৯) মৈতৈমা লাথাপ্ লৌদুনা য়াংলৌ কৈফাবা পোকই। য়াংলৌ কৈফাবা কৌম্রিতৈদা মমিং খমলাং অতোনবা কৌরম্মি।

ইবেংবা—মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাবনা খোঙলৈমা মুবীশু পাম্বদুনা কাইনৌ ইবেংবা পোকই।

২০

## মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা

শকাব্দ ৯৯৬ তা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বনা[১] নিংথৌ ওইএ। মহাকথক্কা লাইগা মীগা লালুপ কাবম্বদগী মীনা ল্যাকচত্নুনা লাইগী মথৌ মাওথবে। মীদনা শিলহৌএ। পানা তক্কক থোকনা কাযএ।

পানা মমিংদি :— ১। অঙৌবা লুপ্তি লুপলেন লুপ ২। নোংমাইলুপতি থৌচা লুপ ৩। আকোং লুপতি কোংচা লুপ ৪। খূবাই লুপ্তি লুপখুবা লুপ ৫। লৈচোল লাকপা তোলোংখোম্বনা লুপ অমা চিংএ চিংচাকপ। খুবাই বাংলে লুপ অমা বাংলে খাইচানখি। ৬। খাইচাকপ। অসিনা পানা ৬ থোকনা বাখিএ। মহাকথক্কা ডা থোকউ থোকপা, শা থোকউ থোকপা ফান অমা লৈএ পীযো হাযবদা পীদত্নুনা মবাই অঙোম নিংথৌবু লান শোক্লহল্লুইএ। সেক্কা ৬নএ। লান্দি মথংলেন চকপা তাও, অকেমতাও অসিনচিবা মী ৬ যাবকএ অমম্বু হাওকুদা লোই থোকবদা লোইপোং পীদে হাযত্নুনা মযাম্বা খঙলা পামশবু শোক্লহলএ। লান্দি হাওবুনা গা সনখিনবগা ফাবকএ। অমম্বু লৈহৌদা লোই থোকবদা চান্দ পীজবক্কে হাযত্নুনা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বনা চত্নুনা শোক্লএ। ডমএ। লান্দি শৈহে নি থৌ খোমাদে বা ফ নকএ। অত্নুগী মথৌ ঔগ্রী[২] শকপা হৌএ। মহাকথক্কা যুমনাক পূম্নমক মশিল তৌহল্লমএ। লোইয়ুম্বনা চহী ৪৮ পাল্লমএ।

---

১ লোইয়ুম্বা—মৈদিংঙু বাইনৌ ইবেংবনা থযোইবোন (খমন চম) হাওৈবমা তমহৈবীগ। হাওবেমা পিদোংম ফাবীগা অনী পাম্নতনা হাওৈবমা এমৈহবীন মৈদিংঙু ইবে বা পোকই, হাওবৈমা পিদোংম যাবীনা খমনা পামশবা পোকই।

২ ঔগ্রী—লাথবোন উশনি। মসিদি মৈদিংঙু লোইয়ুম্বগী মমাঙদগী লম অসিদা শন্নবকপা কুইরে। লাইশ্রাযম কোবা লাইবিক্তা ইযি—"পাখংবনা মচুদা নিংথৌবাবা চমিংতা ঔগ্রী শকলোএ। পাখংবা লাইশ্রা অনীন ক্যাল কারে।" ঔগ্রী অসি নোংদা লাইরেন পাখংবগা লাইশ্রাগা অনীনা যথাল কাবদা শকলে হাযবনিনা থুইপী অহানবা চহীচাদা লৈরে। মতুংদা লুবাং গুরু পুজিবনা মৈদিংঙু নাউথিংখোংদা 'ঔগ্রী' 'খেঞ্জো' তথাবগী বা 'নাউথিংখোং ক্যাল কাবদা' যাওবি। মৈদিংঙু লোইয়ুম্বনা পানবা মতমদা (খৃঃ ১০৭৪—১১২২) ঔগ্রী শকপ হৌএ হায়রিবসি 'ঔগ্রী'গা 'নিংথৌরোন'গা শকপা হৌখিবগী বা ওইগনি। 'নিংথৌরোন' শকপদা ঔগ্রীনা হান্না শক্লগা মথাদা নিংথৌরোন তানৈ। নিংথৌরোন হাযবিসসি থো জোম পর্বগী শৈশক্তা হৌজিকী মতমদা শক্লবিবা অসি নত্তে, মসিদা হায়বিবা নিংথৌরোন অসিদি 'লাম্নরোন' উশৈনি। লোইয়ুম্বা নিংথৌ হাক্তা ঔগ্রীগা শকখিম্নখিবা নিংথৌরোন্দি—

কোইমহৌদা[1] লান্দাখিবদা থাবা লানচেংশোই ফারকই অহুগী থবাঙ্খাবা কৌখিএ। অমম্তুং অবাংলম ঈরোঙদা লান শোক্লেএ। মুরা নাউখোংম্ভু, নাউখোংচাবা, কোম্ভৌম্তু অসি ফারকএ। অমম্তুং লোইচীং ঈয়ৈ মপান্দা আরোং হাওখুন্দা লাল শোকনৈএ। ঙমএ। লান্দি খোংথোম্বা, ফুপাম্বা, ফৌওইশাং, হাওবাথিকপা লান্দা থৌরাংবা হুইরোংতাওবা অসিনচিংবা ২০ মরুম ফারকএ। অমম্তুং লাংমৈথেৎতা লান শোক্লকবদা ঙমএ। লান্দি থারা লিন্দুমচা, কাকলেন থাঙশাবা, খূরাই মেন্দে, তাচোপ খোংবাই ককচাক সমখোমনাপি অসি ফারকএ। অমম্তুং নৈদিংঙু থবাম্ভাববু খূমন নিংথৌ পুন্সিবনা[2] লান নেক্কনা হিয়াং হিরেন তোংহুনা নীয়ামনা লান পাংবা চৎলে। খূমনগা লোয়নহুনা হৈরেম খুম্বান নামিম্লৈএ। ঙমএ। লান্দি খোংঙা খোঙতেকপা চৈশু পান্দোম্বা, য়ুমলক লানহৌয়ামম্ব ওনা চঙনা ফাএ। অসিগী মতুংদা মৈদিংঙু থবাম্ভাবনা মচাম্নুপী চীংথৈ থানবীগী[3] বাপোক্লগী খূমন নিংথৌ পুন্সিবগা লান শোকনৈএ। ঙমএ। লান্দি নোংয়াই হাওতারোইবা, হাওতা কোইবা, আরোনলিনম্বা, য়াইথিং কাউবোংশূ নিংডোল কোমুস্থ অসি পূম্নমা ফারকএ। খূমনগী সৌপোনয়াইস্থ খোমলকএ। মৈদিংঙু থবাম্ভাবনা চহী ৩৬ পাল্লমএ।

---

১ **কোইচিং কোইমহৌ**—কখোং চেংথু চেংবাম্বী মপাবী চেংলৈতোন লৌথিবা থমলৈতোন শাফবু নোংয়াই লিকমন লাম্বনা কোয়না কোয়না তারবে হায়বগী লমলেন কোইচিং কোইমহৌ থোনথি। —নিংথৌরোন লখুবা

২ **খুমন নিংথৌ পুন্সিবা**—খুমন নিংথৌ ঈকোপ লাম্বনা বাংঙমলোন নাউবেমতোন পাম্নতনা পুন্সিবা থবেনচনবা পোকই। মানা বাঙমলোন পানবা ফাবীনে, লাইম্রানে, ঙাম্বরোন মাওশোম্বীনে, বাংঙমলোন চীংথৈ থানবীনে মরিমক পাম্নতনা পানবা ফাবীনা নিংথৌ চায়নবা পোকই, লাইম্রানা খোঙপুহনবা পোকই, চীংথৈ থানবীনা লৈফোনবা পোকই।

৩ **চীংথৈ থানবী**—মৈদিংঙু নোইনাই থবানথাবা লাইবেন তেন লোঙতেকপা বাকাউদবগী মচা ইবেম্মনি। খূমন নিংথৌ পুন্সিবদা থাজবা মতমদা মচাইবেম্মা অসিনা 'নমোম ঐগীদমক্তি অবাং কাইনৌ লৌ চীংথৈ, চীংথৈ লমঙ্গশি শঙ্খ খোললোই চীং অসিবু লন উনবিও' হায়বদা মপাকুংনা হায়থি—"ইমোম বাংঙমলোন-ও অবাং কাইনৌ লৌ চীংথৈ লমঙ্গংশিদি পামেন অঙনবু ওংদে, তন্না অবেম্থ পান্দে, তেৎনা লুমৈ হৌবা চীং শঙ্খ মাম্খেক ওংবা চীংবু লন উম্নথিও হায়থবদা চকলাই ফান্দোনগী মঙল ফংপুথোক অতোনবনা পাউ য়ামকএ। লাইবেন মৈদিংঙু ইপুংঙু তা-আ-ও হায়গুনো। নমোম তঙ্কা বাঙমলোঙ্গবু কাইনৌ লৌ চীংথৈবু লন উনবিগুনে।। নোংমায় লমজনথৌ অদোন লম কমাখনে। হয়েং বায়থৌ থম্পাৎ লান, চীংথম চাউশোক লান, মুৎলৌ তাংলৌ লান, তেৎনা লাংমম লান বাথা

২৫

## মৈদিংঙু চিংথাং লাম্বাবা

শকাব্দ ১১৫৩ দা মৈদিংঙু চিংথাং লাম্বাবনা[১] নিংথৌ ওইএ। খুম্নদা লান শোরুবদা নোংয়াই হাওবা থাবা তোম্পোকপা ফারকএ। অমসুং নোংপোক লমদা কাম্বুদা লান শোরবদি কাম্বু ডমএ। লান্দি কাম্বু নিংথৌ য়েকচম্বু অথৌববু ফাবকএ। মৈদিংঙু চিংথাং লাম্ববনা চহী ১১ পাল্লমএ।

২৬

## মৈদিংঙু থিংবাই শেলহোংবা

শকাব্দ ১১৬৭ দা খয়োইবোম্বা পোকপা থিংবাই শেলহোংবনা[২] নিংথৌ ওইএ চহী ৫ পাল্লমএ।

২৭

## মৈদিংঙু পুবাম্বাবা

শকাব্দ ১১৬৯ দা মৈদিংঙু পুবাম্ববনা[৩] নিংথৌ ওইএ। নোংপোকলমদা পাইনৌদা খুমনগা লান শোবনৈএ। ডমএ। লান্দি অভোন খারাওবা, খোংবু খাবাগুলা, মাবোইট লনমা পোংপুবা, খোনশিবা পোংচা নাইদবা তোংযাইখুবা, চন্দ ইহমবা, নেম্যাই শাইপংবা, নোংপান তাক্কেমাক্কেবা নোংয়াই চিবোংমল,

- —— —

লাইরাই লান চঙ্গোই ফগানে লাম্না কাইনৌ লৌ চীংথৈবু পূমনা চম্না নোংমায মরমথৈ, খুমন মপুরমনে হাথবগনে হাথনা থৌখামখিএ। লাইবেন মৈদিংঙুনা ভৌইম্নদি ইমোম তন্দা বাংডমলোনও ভয়ম নোংমায খুমন চংপী, খমন মনহেনবী নোংথায় থিংখাইজম লৈমা নিথৌ খুংম্ব চহ্ন লৈমা ময়চু কোইবীও কাইনৌ লৌ চীংথৈদি থাভুপ অভিডাবু লেংলোই পোকএ। কিনপোপ অরেমবু নায়ে হৌএ কদৌনগো? ইমোম কোম্বোম নমিংথোংছম তন্দা বাংডমলোন কাইনৌ চীংথৈ থানবী—ও মিংথোংনথি-ও দায়থিএ।"

—নোংমাইজিং চীঙ্গোইবা

১ চিংথাং লাম্বাবা—মৈদিংঙু থৌবাম্বাবনা নোংবাক্লোন চকপ্রম চহ্ তোগাইডবী পামহ্নুনা চিংথাং লাম্বাবগা শৈমুগা মচা অনী পোকই।

২ থিংবাই শেলহোংবা—মৈদিংঙু চীংথাং লাম্বাবনা (খৃঃ ১২৬১—১২৪২) খয়োইরোন (খুমন চহ্) পামহ্নুনা থিংবাই শেলহোংবা পোকই। —শাগৈ শলাইরোন লাঃ ৬

৩ পুরাম্বাবা—মৈদিংঙু চিংথাং লাম্বাবনা নিংথৌপোকপী পামহ্নুনা পুরাম্বাবগা খুমোমগা অনীমা পোকএ। অনীমক নিংথৌ ওইখি।

কংলামিমক্স, খোংচোনপিবা, লৈমা ময়া ১ নিংথৌ মমাক, খোংচিনকম্বা লানলুম্-খৈবা লাংলেন কেংয়াং রাখলখাই শকপা অসি পূম্নমা ফারকএ। অমস্তুং অবাং কৌবা লৈখাম্বপোক্তা লান শোকনৈএ, ওমএ। কৌবা কৌতাই লোই চল্লমএ। লান্দি কাপেংবা লানসময়াং ফাবকএ। অমস্তুং খোংচি য়াইনারোকতা[1] চকপাগা শোকনৈএ, ওমএ। লান্দি চকপা খোংচি মনিংথৌ আবোক অথুবা আথিং আয়াঙ অথৌববু ফারকএ। মৈদিংঙু পুবাম্বাবনা চহী ১৬ পাল্লনএ।

২৮

# মৈদিংঙু থুমোম্বা

শকাব্দ ১১৮৫ দা মৈদিংঙু থুমোম্বনা[2] নিংথৌ ওইএ। অরা লমদা হেম্পা চীংশাং থাঙ্গান মপুংয়ায়দা লান শোক্লবদি হাওখুন ডম্মে। লান্দি লোইবি চীংশা মনিংথৌ মাইমুবা শনলোইববু ফাবকএ। অমস্তু কবোনা লান কারক্তুনা থুমনবু তানথাইরবদা থুমল্লা লান নেক্লতুনা থুমন্দা মৈদিংঙু থুমোম্বনা লান পাংবা চংলে। কবোগা থুমনগা মৈতৈগা লান শোকনৈএ। কবোবু মৈতৈনা চাইথাইতুনা ফাবে: লান্দি ম্নাচীপাম্বোংনা চা শায়বা, লুপা চীনপানথোংনা ঈয়ো বনচিংনা লান য়ামনা ফাএ। মৈদিংঙু থুমোম্বনা চহী ১৫ পাল্লনএ।

---

১ খোংচি য়াইনরোক—নাইবেন মৈদিংঙু লোংবথি শেলোই নাইনা (নাউথিংথোংনা) মনেমমচা নোংবাম্বোন পংডংগা লীকলু লৌশিবাল চপিনতৈদা (য়াওংইনতৈদা) নাইবেন মপা মৈদিংঙু উবা কোম্বোবা মতংলাং "মখিম শেলোই লংমাইনা চীংশা খোকলোই হৌনা য়াতাথিরবগী মৈতৈংঙু খোঙনেমযোবগুলাওনা (নাউথিংথোংনা) মকলাং লোল মতাই কাঙ পবৈ হোংলা থংনা শেলোই পম্বোংলক লংমাই পল্লিথতৈদা শেলোই মবাঙহৌ লংমাই মথিনাইনা তাম্নরকএ। শেলোইনা মিকৌনা লংমাইনা তেংথানা পূংবু খোং মৈবু য়াইও কৌএ। ইচং শোমাযমদা পূং খোংবু থীন মৈ য়াইবু থাম্না তাম্নরকএ, অদু নোংশীবু খোংজি য়াইনরোক-ও তৌনা কৌএ।" —নিংথৌরোন লম্বুবা লাঃ ১৫৭

২ মৈদিংঙু চীংথাং লাম্বাবনা নিংথৌ শোকপী অমস্ত খবোইরোল শাম্নতুনা নিংথৌ শোকপীনা পুম্বাম্বাবা অমস্তুং থুমোম্বা শোকই অতুগা খম্নোইরোলনা থিংবাই শেলহোংবা শোকই।

## ২৯
## মৈদিংঙু মোইরাম্বা

শকাব্দ ১১০০ দা মৈদিংঙু মোইরাম্বনা[১] নিংথৌ ওইএ। লৈতাংদা খুমনগা লান শোক্লৈএ, ডমএ। লান্দি খুমন চাউরা মচম মতৈ মনাও কাম্বকএ। অমসুং নিংথৌখোংদা[২] মোইরাংগা শোক্লবদা ডমএ। লান্দি কেগেরব্বী ভিলহৌথাচা, লাংখোংতৌগী য়াপা নাওচা অসিনচিংনা লান য়াম্বনা কাএ। অমসুং মাকী হাওদা লান শোকনৈএ, ডমএ। লান্দি কারিবোং ফাএ। মৈদিংঙু মোইরাম্বনা চহী ২৪ পাম্লমএ।

## ৩০
## মৈদিংঙু থংবী লাম্বুবা

শকাব্দ ১১২৭ দা মৈদিংঙু থংবী লাম্বুবনা[৩] নিংথৌ ওইএ। মরিং নাএ

১ মোইরাম্বা—মৈদিংঙু খুমননা যাংলৈগী পাম্বনা মোইরাংগা ডাকনোংগা মচা অনী পোকই।

২ নিংথৌখোং—"মোইরাং নিংথৌ উথায় কাইরেক্ন। য়াওমলকএ। তদুম লোইবী ডাইথোং মবস্থ নঙদি লোইবী মমুমনাক হাইথোং মথাইকোল্না লোই থোরবও, ডাইথোং নিংথৌ অমেবসুং নুমলবও, মপাদি নিংথৌবসুং তারেকও, পানবা কৈ অমসু ফাবওও, যাকৈ হিমসুং পাম্বকও, শাবি লেপে মোইরাং লৈপনা মেম্বাদ লম থোলগে, পুইভ্রু পোং তোগে হাগবা অসিনু মাঙগইনবা ডাইথোং পোংলেন লোইসং পুথরকও হায়না থৌর্ণথিবনু লোইবী ডাইথোং মচিল নাইবনা যাকৈম হিমদি পাঙ্গবলে, পানবা কৈমদি কারক্তে, মপাধি নিংথৌবদি তাবনএ, মখন ডাইথোং নিংথৌ অমেবদি নুমলক্তে, হাইথোং পোংলেন লোইসং পুথরক্তবা য়াগীবু নমু নিংথৌ ডাংডোই উথায় কাইরেকনা, য়াংথিবিএ। তদুম ডাইথোং নিংথৌ থোংডাবা মপাবি নিংথৌবা-ও নপনপম্বী নিংথৌ ডাইথোং নিংথৌ অমেবদি কদৌবা নুমলক্কবনো? পানবা কৈমদি কারক্তে, যাকৈম হিমদা অম্ভ থাবক্তে, ডাইথোং পোংলেন লোইসং কদৌবা পুথ-রক্কবনো, লোইবী মপক ভুজানা হেন্না কনেন ভুংগমৈএ হায়না ডাইথোং নিংথৌ থোংডাবা মপাবি নিংথৌবনু থাঙলেন চেপনা চম্না নোংমনহল্লে, অদু নোংগীবু যাকৈম হিথাথোং বেগে নিংথৌখোংও তৌনা কৌএ।" —মোইবাং নিংথৌবোন লম্বুবা

৩ থংবী লাম্বুবা—মৈদিংঙু মোইরাম্বনা নোংবাম্লোন খুমনথোম্বী পাম্বনা থংবী লাম্বুবা পোকই। মৈদিংঙু থংবী লাম্বুবনা ইরাংলোন লৈমা মোইরেন তোম্পোকপীগা লৈমাংবী নিংথৌ তোয়া চম্বগা মুমথু চম্বগা য়াক্লোইম্বগা খোংবম চম্বগা লৈমা খাম্বাগা ভক্কমা পাম্বনা মোইরেন তোম্পোকপীনা খুমোম্বা পুনিংনবা পোকএ, নিংথৌ তোবা চম্বনা মনা ইল্লেন থানবা পোকএ, য়াক্লোইম্বনা মনারেম্বা পোকএ, খোংবম চম্বনা লোইজাম্বা পোকএ, মুমথু চম্বনা কাকপা থরাম্বাবা পোকএ, লৈমা খাম্বানা খোনৌবা পোকএ।

ঙমএ। লান্দি মরিং মনাতোন থাঙশাবা, খিংকারিহুমানবা, হাওম্বু লৈহৌবী লৈহৌবা, থাংলক লাম্বোয়াং ফারকএ। অমস্তুং মোইরাং নিংথৌ চিংখু তেলহৈবগী মচাম্বুপী য়োইরেন তোনপোকপীবু পীদে হায়বগী হি তোংহ্না লোক্লাক্তা লান শোকনৈএ, ঙমএ। লান্দি পোকপি মচল খিংকুম্নুনচিংনা লান য়াম্মনা কাএ। অমস্তুং মখারোম শেককুচীংদা লোইবী হাওগা লান শোক্লেএ, ঙমএ। লান্দি তেংকোংবী মারেম নমঙাবা ফারকএ। মৈদিংঙু থংবী লাম্বনা চহী ২২ পাল্লমএ।

## ৩১
## মৈদিংঙু কোংয়াম্বা

শকাব্দ ১২৪৬ তা কোংয়াম্বনা[১] নিংথৌ ওইএ। নোংচুপ কোংয়াইফাইদা লান শোকনৈএ, ঙমএ। লান্দি নোংচুপ কোংয়াং মনিংথৌনচিংনা লান য়াম্মনা ফাএ। অমস্তুং কৌবা হিংলেন চীংদা[২] ময়াং লান হৌরকপবু শোক্লহ্না ঙমএ। লান্দি ময়াং মাইবা সমলোইবা আকেরাক্তা থাঙয়ান কনবা, তিংকারাক্তা রাশকপা লাকাম্নুমকাতাও অবিং অরাং তাও ফাহৌএ। অমস্তুং খুয়োইহা এরা লম্মা‚দোংদা চকপাগা লান শোকনৈএ, ঙমএ। লান্দি চকপা য়ুমথৈ ভাকপীনচিংনা লানয়াম্ন কাএ। মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা চহী ১১ পাল্লমএ।

## ৩২
## মৈদিংঙু তেলহৈবা

শকাব্দ ১১৫৭ তা তেলহৈবনা নিংথৌ ওইএ। হিনা চাইরেল থৈচংপুংদা হৈরেম খুঙ্গান শোকনৈএ। ঙম্মে। লান্দি থাক্লক য়োইথোংভাই, হনবা কোনখুনাও হম্নু কোম্মোংভাই ফারকএ। অমস্তুং কৌবা চীংশামা য়াংকম চাকলিকপোক্তা লোইবী মারেমগা শোকনৈএ, ঙমএ। লান্দি মারেম শনলুংবা ফারকএ। মৈদিংঙু তেলহৈবনা চহী ২০ পাল্লমএ।

---

১ কোংয়াম্বা—মৈদিংঙু পুরাম্বাবনা য়াওশেম্বী পাম্মহ্না কোংয়াবগা মারোকা অনীমা পোকএ। মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা নোংবোম্লোন থম্বা ফাবী পাম্মহ্না তেলহৈবগা তোনাবগা অনীমক পোকএ। অনীমক নিংথৌ ওইএ।

২ কৌবা হিংলেন চীং—নম্বুবা চীংথোং পোইরৈতোনগী মপারি তাপুংশিংমিংনবু লোইদাম থাবুম তম্মক তরবগা থমলৈ‚মীহুংকোন শবা মিশুয়োনগীবু হিংলকএ। অদু লোংগীবু হিংলেনচীংও কৌবমু পোইরৈ তাবা থিবনা ইচেলনচীংও তৌনা কৌএ।

—নিংথৌরোন লম্বুবা, লাঃ ১৯০

৩৩

## মৈদিংঙু তোনাবা

শকাব্দ ১২৭৭ তা মৈদিংঙু তোনাবনা নিংথৌ ওইএ। চহী ৫ পাল্লনএ।

৩৪

## মৈদিংঙু তবুংবা

শকাব্দ ১২৮১ দা মৈদিংঙু তবুংবনা[1] নিংথৌ ওইএ। যাংকম চাকলিক-পোক্তা লোইবী মবেমগা লান শোকনৈএ। ভনএ। লান্দি লোইবী য়াংকম মনিংথৌ শৌলৌকৈফা[2] লাম্বোয়াং ফাবকএ। অমস্তুং অবাংলমদা চীংশোং হাওনা ফীবোং চম্মি লোই বাংগোন পুকৈ লোইবু পীদে হায়ত্তনা চীংশোংদা লান্দাখিবদা চীংশেং নিংথৌ থাবলংবানা মতু লাবালাশম্থু শাফাবীগী মলোমনা মৈদিংঙু তবুংবগা মনাই অকাংজমচা তোনথৈবগা হাংখিএ। চহী ৫৫ পাল্লনএ।

৩৫

## মৈদিংঙু লাইরেনবা

শকাব্দ ১৩১৬ তা মৈদিংঙু লাইরেনবনা নিংথৌ ওইএ। চহী ৫ পাল্লনএ। মতু দা চহী ৫ নিংথৌ পান্দে।

৩৬

## মৈদিংঙু পুনসিবা

শকাব্দ ১৩১৬ তা মৈদিংঙু পুনশিবনা নিংথৌ ওইএ। মোইবাং শোয়বুংদা লান্দাখিববু ভনএ। লান্দি বেগে লম্মি লম্মচাউ যাবনএ। অমস্তুং থাঙ্গা বম্বোংগা লান শোক্লৈএ, ভনএ। লান্দি বম্বোং পাংয়াকোং শিনহৈবা লাংথোংস্তু য়োইনবা ফাবকএ। অমস্তুং তাংখুন মোম্বোগা লান শোরৈএ ভনএ। লান্দি

---

১ তবুংবা—"মৈদিংঙু তেলহৈবনা মাবেলী পাম্লত্তনা তবুংবগা মনাযা চ খাইংশকপগা অনীমা পোকএ।" (চেকথা) মৈদিংঙু তবুংবনা নিংথৌ ওইখি। মৈদিংঙু তবুংবনা লোংবালোন লক্ষেন ভবী পাম্লত্তনা লাইরেনবগা, পুন্সিবগা অনীমা পোকএ। অনীমক নিংথৌ ওইখি। লাইরেনবদি শোইনাইদে।

২ শৌলৌকৈফা—শোংলো কৈকৈ লাম্বোযাং হাবনস্ত কৌন।

—নিংথৌরোল লম্বুবা, লাঃ ২০৪–৫

তাংখুন কৈছো মনিংথৌ মারেম থমজিংববু ফারকএ। অমম্বুং অবাং কৌক্রুলন কোইরেংদা লান্দাখিএ। ভমএ। লান্দি চারাইলোং লৈপুনলোং থাংশা উতোং অঙাংবা ফারকএ। অমম্বুং মরিংদা লান্দাখিএ, ভমএ। লান্দি মরিং মপু মচন রাকনা চানা লৈনৌবী তেংনা চানা হেনমোইবী মথংলেন শেন তাকলেম লুখাইবা লৈরাং শাচিবা ফারকএ। মৈদিংগু পুনশিবনা চহী ২৮ পাল্লমএ।

[ তখেন রামচরণগী কুম শকাব্দ ১৭০২ অসিদা শ্রীশ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কাক্চিংপুরদা লৈরিঙৈ[1] নতোল ইবুংঙো আনন্তশাই[2] খ্বাইরাকপদা হায়দোক্লুনা চৈথারোল মাঙথরবু অমরক লিংহেৎএ। লাইরিক অসি ইবদি চিরোম শ্যামরাম, ওয়নাম আনন্দরাম ২ মকপু ইহল্লে। ]

৩৭

## মৈদিংগু নিংথৌখোম্বা

শকাব্দ ১৩৫৪ দা মৈদিংগু নিংথৌখোম্বা[3] ফম্বাল কাএ। মৈদিংগু নিংথৌখোম্বা মহাকথক্তা অঙৌবা হিথালাংলোই ভম্বগা য়াইস্কুল লাকপা সনাঙ্গনলুপলেন লাকপা কোন্তয়াম্পা, লৈচোন লাকপা তোনলোংখোম্বা, ভুমুরক্কী লঙয়ি লাঞ্জিংবগা নোইরাং নামানাএ। নোইরাং ভমএ। লান্দি সনারক্কী পোনচেম্পা, লুপারক্কী

---

১ **শ্রীশ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কাক্চিংপুরদা লৈরিঙৈ**—রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শকাব্দ ১৭০১ দগী শকাব্দ ১৭১৮ কাওবা চহী ১৭ কাক্চিংপুরদা লৈরম্মি। "শক ১৭০১ কালেন ৩ নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনচিংনো বিষ্ণুপুরদগী কাক্চিংপুর তারা লৈপাক পুম্নমা ৎংএ। শরাইসম পুরুষত্তোমগী কুমদি শক ১৭১৮ ২৫ নি নিংথৌকাবদা মৈদিংগু চিংথংখোম্বনা কাক্চিংপুরদগী থ্বাই খুনথম কোন্থোজম য়ুম্ফমদা হোংকখ্রে।"

২ **আনন্তশাই**—গম্ভিরসিংহ মহারাজনা লাইরিকয়েংবম চম্প হরিপ্রিয়া অপাবী মেংখোংঙবী পাম্নহুনা আনন্তশাই নো পোক লৈরিখোম্বা শকাব্দ ১৬৪৭ থরান ২১নি পানবা য়ুমশকৈশা জমিত্তা পোকই। লৈরিখোম্বগী থারানা সগোলবন্দা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দ লাৎলি। হৌজিক ফাওবা চহী থুদিংগী লাংবনগী ১১নি পানবদা আনন্তশাইগী থাজপাত্তা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দ লেংখোক্লুনা হৈক্রু হিদোংবগী হিয়াঙ তান্নবগী কুমৈ তৌরি।

৩ **নিংথৌখোম্বা**—মৈদিংগু পুনশিবনা লাবাত্ত পাম্নহুনা নিংথৌখোম্বা পোকই। "নিংথৌখোম্বা কোন্থরিঙৈদি খোইমোম লাইমিংনবা চবাইরোংবা-ও তৌনা কৌএ।"

—নিংথৌরোল লম্বুবা, লাঃ ২১৮

[ মৈতৈ মযেক্তা ইবা মৈতেংগু নিংথৌখোম্বগীদা হোবা চৈথারোল কুম্বাবা লাইরিকতা "শক ১৩৫৩ আসিত্তা মৈতেংগু নিংথৌখোম্বা ফম্বান কাএ" হায়না হোই। ]

কাপুখোম্পা, কেগেবক্কী ভীল্লোথাচা, লাংখোংতৌগী রাপু নাউচা অথীঙ, আসাংচা, ঙানখা নমপোক্কী উরা লাংমৈবেম্বা, খেনচং নেন্পা খেনচঙ, চাইপা, য়াঙম্বাকপা মচা চাকাবা লৈতাঙ লানথাপা, ভূমুলংযি লাঞ্জিংবস্তং ফাএ। সূম্বা লান্দি ১০ ফাএ। মোইবাং মকোকনা লুখা থাহ্না মোইবাংখোনস্তং থোনএ। শকাব্দ ১৩৬৫ দা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা অকলা নাখিঙৈদা মৈতৈলৈমা লিম্বোইঙম্বীনচিংনা লৈবাক অপুম্বা তাংখমদা থৈবিঙৈদা তাংখুল হাও চীঙসাং পুম্বা লান হৌবক্তনা খোমগে লাকপব্র ঙমনা ফাবৌএ। অতুদা মৈদিংঙু ক্যাম্বস্থ পোকএ। অতুগা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বস্থ ববো অকলা ঙমএ। লান্দি চেঙচাবী চেঙচাবং, খেকচাবী খেকচাবং, থাবায়বোং মাস্তং লাকপা মীখেকপাস্তঙ, খোম্পাস্তঙ যাএ। শকাব্দ ১৩৮৯ দা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা নোংগাইযে। ফম্বান্দা চাহি ৩৫ পাল্লমএ।

৩৮

## মৈদিংঙু ক্যাম্বা

মৈদিংঙু ক্যাম্বনা[1] চহী ২৪ দা ফম্বাল কাএ। শকাব্দ ১৩৯২ দা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা কবো ক্যাং ঙমগে হায়দুনা থাবি চীংখোঙদা শন্দং অমা ঈবাংলে। কবো ক্যাং ঙমএ। মৈদিংঙু ক্যাম্বগা পোং নিংথৌ চোযা খেকখোম্বগা লান লোযননা ইংথি[2] মকৈ লম ১০০ পাকপব্র সনা লুপানা থোং শাহুনা মথিঙা লানমিম্মএ। স্না লিযক মথক্ত। স্না তাংখন থান' য মম্মএ। স্নাকক অমস্তদা হামিম্মএ। স্নাগী লি[3] অমস্তদা থকমিম্মএ। কবো বাং থম্পাং নামিম্মএ। ক্যাং ঙমএ। লান্দি ওখেন ম স্থ, খমশেংস্থ খনখাইস্থং ইথমস্থ, থমা যাযএ। পোং নিংথৌ চোযা খেখোম্বগী মনাই লাকবান পেনে খোংবগা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মনাই শেক্তা পুংযৈবগা সিম্মএ। মৈতৈগী নহৌবাংনী স্থপাগা কবোগী চাপাক ৩ ৩ কৌবগা লম যেম্মএ। পোংগী লমদি হৈনৌ খোঙনেম্বগী[4] মখেনে, মৈতৈগী লমদি মুংখো

১ ক্যাম্বা—মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা নোংবান্নেন লিনপোকচঙবী পান্নবনা বাম্বগা শানোংবা বাংখৈবাকপগা মচা ইবুংঙো অনী পোকই। ক্যাম্বনা নিংথৌ ওইথি।

২ ইংথি—নিংথি তুবেন।

৩ লি—লৈপাকনা শাবা ঈশি থরবা পাত্র।

৪ "A tract of country was then made over to the Rajah of Muneepoor by the king of Pong, extending east to the Noajeeree, a range of hills running between the Moo and Kyendwen rivers, which was then established as the boundary between the two-countries,

মুৱাইগী মখৈনে। নোংপোক লমদা লোইচাৱিগী মখৈ, মথা লমদি মিয়াতোং কৌবা চীং হৈনৌ খোঙনেম্বা পোকপগী মখৈ, খাৱি লৈপাক অয়াম্বা পুম্না থাইরমএ। শোমশোক য়িম্মাঙদি পোংগী লমনে। খুমনিঙদি মৈতৈগী লমনে। মশু মপু চহী হুংনৈএ। পোং নিংথৌদি চহী ৪৭ শুরে। ফম্বান্দা চহী ৩০ শুরে হায়এ। মৈদিংঙু ক্যাম্বনা ঐদি চহী ২৭ শুরে। ফম্বান্দা চহী ৩ শুরে। অম্বুম হায়নহুনা মাগী মাগী লৈবাক্তা লাকলে। মৈদিংঙু লমক্যাম্বা[1] পোকলে। অঙৌপাম্বা ক্যাম্বম্বু[2] পোকএ। **শক ১৪০৭ হিয়াংলোইনা চৈথাবা হৌএ।**[3] নামোইগী কুমদি শক ১৪০৮। খুবাইরোম্বগী কুম শক ১৭০৯ দা অহল্লুপ লোয়শঙ লিংএ। থাংয়ি লমলৈ য়াংবনা অহল্লুপ লাকপা হৌএ। নহারুপ লোয়শঙ লিংএ। ইবাংবমচা নানবা শবাবনা নাহাকপ লাকপা হৌএ। খ্বাই হাওমুগী কুম শক ১৪১০ দা মৈদিংঙু কোইরেম্বা[4] পোকএ। লমলৈমুবোকসীকী কুম শক ১৫১১। লমলৈ রাহকপগী কুম শক ১৪১২। অপোইজম হুংডাগী কুম শক ১৪১৩। খুৱাইজম ভোম্মাগী কুমদি শক ১৪১৪। খোইবি চন্দ্রগী কুমদি শক ১৪১৫। অঙৌচাগী কুমদি শক ১৪১৬। নিকপপগী কুমদি শক ১৪১৭। লৌখাম থরোইগী কুমদি শক ১৪১৮। অঙৌপাম্বা খোংজোম্বনা[5] লনহাং লান্দা শিএ।

South, the limit extended to the Muyatoung or Muya hills, and north, to a very celebrated mangoe tree near Moongkhum, between the Noajeeree hills and the Kyendwen river" —*R. B Pemberton—Report on the Eastern Frontier of British India p 118*

১ **মৈদিংঙু লমক্যাম্বা**—মৈদিংঙু ক্যাম্বনা থগোকৈবোন শেনবু লোকপী পায়হুনা লমক্যাম্বা পোকই। মৈদিংঙু কোইরেম্বগী মথংদা খৃঃ ১৫১২ দগী খৃঃ ১৫২৩ ফাওবা পানখি।

২ **অঙৌপাম্বা ক্যাম্বা**—অঙৌপাম্বা পনশাঙবনা মংশাঙবী পায়হুনা অঙৌপাম্বা ক্যাম্বা পোকই।

৩ মৈতৈ মযেক্তা ইবা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মপাকু নিংথৌখোম্বদগী হৌনা ইথবা চৈথারোল কুম্বাবশিংদদি হিগাংলোইনা চৈথাবা হৌবসি শক ১৪০৬ তা ওইনা ই। শক ১৪০৭ তা নামোইনা চৈথাবা কুমনি হায়না ইবা থেংনৈ। অতনা ফোংদোকলিবা কুম্বাবগা হায়রিবা কুম্বাবশিং অতগা চহী ১/১ থেয়না ইরকপনা শকাব্দ ১৫৫৬ তগীদি মায়রে।

৪ **মৈদিংঙু কোইরেম্বা**—মৈদিংঙু ক্যাম্বনা লৈশাংথেম চপ্পা পায়হুনা কোইরেম্বগা নোংথোনবগা অনী পোকই। মৈদিংঙু ক্যাম্বনা নোংগায়রবদা মচা ইবুংঙো কোইরেম্বনা ফমাল কাখি। মৈদিংঙু কোইরেম্বা শোইনাইদে। নোংথোনবম্ব শোইনাইদে।

৫ **অঙৌপাম্বা খোংজোম্বা**—অঙৌপানবা নোংপোক কাওশোম্বনা চাংপোম্বী পায়হুনা অঙৌপাম্বা কহোং ফাবগা অঙৌপাম্বা খোংজোম্বগা মচা অনী পোকই। অনীমক অঙোম নিংথৌ ওইখি। অঙৌপাম্বা কম্বোংফাবদি শোইনাইদে।

য়োংঙাইবম তাবাগী কুমদি শক ১৪১৯ দা অঙৌপাম্বা লোইজাঙম্বনা ফম্বাল কায়এ। খুমুলোনতাইগী কুমদি শক ১৪২০ দা অঙৌপাম্বা লোইজাঙম্বা লমথোকএ। লমদাইবগী কুমদি শক ১৭২১। সামুকচিগী কুমদি শক ১৪২২। থারিশাগী কুমদি শক ১৪২৩। সোংলেবাগী কুমদি শক ১৪২৭। লমলৈয়ানেম্মগী কুমদি শক ১৪২৫। লমলৈ চানৌবাগী কুমদি শক ১৪২৬। ময়াং লান হৌবকএ। অঙৌপাম্বা লোইজাঙম্বনচিংনা ময়াং নাএ। ডমন্দুনা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মচা ইবুংঙো নোংথোনবনচিংনা অপুম্বম হাওবা থাংখৈবাকপা কোইরেম্বা, কাম্বন শেকমু, ইজম হাওবা মাথোয় অসি য়াওনা য়াইম্বুল লালোয় পুন্নমক্কা শিন্নিয়খিএ। ইবুংঙো নোংথোনবদি ইংবোই থবোবী তোংনা বৈথেল অওম্বা মতমদা শালএ। তেংগোন্দা থুংলবদা ইবুংঙো নোংথোম্বনা অঙৌপাম্বা লোইচাঙম্বু[১] নপা নপু পুন্নমা থৈবিকপু চীংশেং লমহাংনাইডদা ডাংজম থুমগুম যেনপং তোবান নাবাবাবু লমশিং ডমদবা[২] নংঙম্বনা ময়াংশাবা ডমলোইএ ওংথিবো[৩] তাম্লোকএ। অঙৌপাম্বা লোইচাঙম্বনা কপনা তাথিখিএ। ময়াং লামিয়েএ। ময়াং ডমএ। লাম্বি কাম্বা হু না চেংবা, তৈমা চেংবা, লাংগা তৈবাম্বু ফাযএ। লানমু পৈ[৪] অচৌবা অপিশা থোয়বমএ। হাওবা লাংডাগী কুমদি শক ১৫২৭ অসিদা ইবুংঙো নোংথোনবা শিএ। মৈদিংঙু কোইরেম্বা না যাৎএ। চোংথাম অতোনগী কুমদি শক ১৪২৮ দা পোশ ডবী শিএ। উকাইশংডাগী কুম শক ১৫২৯ বংলাতো বী শিএ। খুমোম্বগী (খুনংখাম্বগী) কুমদি শক ১৫৩০ অসিদা মৈদিংঙু কাম্বা ফম্বান্দা চহী ৪০ পাম্লনএ। ডপা পুন্সিদি চহী ৬৭ নে।

## ৩৯

## মৈদিংঙু কোইরেম্বা

মৈদিংঙু কোইলেম্বনা চহী ১০ দা ফম্বাল বাযএ। কনসোই ডমএ। লাম্বি য়োনবাম্লুং উকৈবাম্লুং ফাযএ। লাংপোকপম মোইবাংডাগী কুম শক ১৭৩১। হাওবম মোবিয়াগী কুম শক ১৭৩২। মৈদিংঙু কোইবেম্বনা হিযাঙ্গৈ হি তোংবদা

---

১ অঙৌপাম্বা লোইচাঙম্বা—অঙৌপাম্বা খোংজোমনা তরুংডাগী পুয়াম চহপা পায়দুনা তরুংডগী অঙৌপাম্বা নোংচাংঙল লোকই। পুয়াম চহনা অঙৌপাম্বা পনশাডগা হেমা কৈথংবগা মচা অনী লোকই। অঙৌপাম্বা খোংজোম্বা নোংগাববদা শকাব্দ ১৪১৯ দা লোইজাঙম্বনা অঙোমগী ফম্বাল কাখি।

২ লমশিং ডমদবা—লম্মন খুম্বা ডমদবা। ৩ ওংথিবো—হনজো, চৎজো।

৪ পৈ—মপৈ

মৈতৈলৈমা লুরাংবীবু তোরান নাইএ হায়রদুনা মপা অঙৌপাম্বা লোইচাওম্বনা তাখিএ। লাংমৈপুংদা চাকখাউডদা খামলৌএ। মৈদিংঙু কোইরেম্বনা অঙৌপাম্বা লোইজাওম্ববু কম্বাল কাহন্দনা তাখিএ। মৈদিংঙু কোইরেম্বনা কুমলংলোন্দা লুপারিকপুমতা তোপ্পা শীংনদুনা লোন অদু চিরৈএ। অঙোম তাকএ। অঙৌপাম্বা লোইজাওম্বসু শিএ। লমফেনঙম্বগী কুম শক ১৪৩৩ খোইপু ডমএ। লান্দি মণ্ডল ওকলাবা কুম্মৈ সোনবা হুয়েন শাককপাস্ফু কায়এ। অঙৌপাম্বা ক্যাম্বসু[১] কম্বাল কায়এ। স্নশম খোইবগী কুম শক ১৪৩৪ অঙৌপাম্বা ক্যাম্বসু লন থোকএ। মৈদিংঙু কোইরেম্বা কম্বান্দা চহী ৪ শুপ্পা পুন্সি চহী ২৭ নে। * মপুন[২] লৈশাংথেম তাকএ।

৪০

## মৈদিংঙু লমক্যাম্বা

মৈদিংঙু লমক্যাম্বা কম্বাল কায়এ। খাগোকপম পাংডারগী কুম শক ১৪৩৫। য়েনখোইবগী কুমদি শক ১৪৩৬ নোংইন ফাবা[৩] পোকএ। তখেন্দগী লাইরিক ইবা গবিচন্দ্র লাকএ। চবুংবম লকাগী শক ১৪৩৭ কুম অদু য়ান্না তাংডমএ। লৈতাং ডমএ। লান্দি মুনিং থারা কায়এ। মৈদিংঙু লমক্যাম্বা (লমকাইওম্বা) হি তোংএ, লমসুং থোকএ। খুরাই কনমাংডাগী কুম শক ১৪৩৮ মৈদিংঙু তাংজাম্বা পোকএ। তেখাউদগী বানোন ১ লাকএ। হিসানমচাগী কুম শক ১৪৩৯ য়াইস্কুল লাকপা সনা য়াংসু পোকএ। লাইরিক য়েংবা ভকিরোং লাকএ। চাখোম্বম তোরাগী কুমদি শক ১৪৪০ মৈদিংঙু কবোম্বা পোকএ। ময়াং খুন পাম্বা লাকএ। হাওবাচম খোংয়ুংবগী কুমদি শক ১৪৪১ অরাইচন্দ্রা ডমএ। লান্দি শেল্লিকপু কায়এ। মৈদিংঙু লমক্যাম্বনা (লমকাইওম্বনা) য়ুমজাও হোডেঙ। অমাকচম খোমাগী কুম শক ১৪৪২ লাইচাউ থোকএ। খুয়াই চানৌগী কুমদি শক ১৪৪৩। নোংপোকপম খানিংথৌরাগী কুমদি শক ১৪৪৪ শিখোং

---

১ অঙৌপাম্বা ক্যাম্ব—অঙৌপাম্বা পনশাঙ্কনা মংসাঙ্বী পাক্কদুনা ক্যাম্বনে, হেমচন্দ্রনে, কপানে মচা অহুম পোকই। ক্যাম্বনা অঙোমনিংথৌ ওইখি।

* মৈদিংঙু নিংথৌশোম্বদগী হৌদ্রনা ইবা চৈথারোল কুম্বাবা লাইরিক অনীদা ইরি—

"খাকোকপম পাংডারাকি কুমতি সোক ১৪৩৪ মৈতিংঙু কোইরেম্বপা কম্পাম্বা চাহৈ ৫ তা সিএ। পুনসিতী চাহৈ ২৮ নে। মাপুম লৈশাথেম তাকএ।"

২ মপুন—মবাগী মবুং মৌপা, মামা।

'(শোয়খোঙ') ডমএ। মান্দি আসাং কায়এ। মৈদিংঙু লমক্যাম্বনা কংবা হোঙএ। উয়ুম্ম লাংথৈগী কুমদি শক ১৪৪৫ সাইরেন ভমএ। মান্দি বাইরা লিরোবা, হুয়েন লমচা ভবা কাএ। লৈরক থোঁগাইববু পাকলোই অঙৌবা চুম্বুন খুইরোই চিনছনএ। মৈতৈরৈমা সেরেম্বী পোকএ। মৈদিংঙু লমক্যাম্বা কম্বাম্বা চহি ১১ দা নোংগাইএ। মুপনা পুক্সি চহীদি ৩৮ নে।

৪১

## মৈদিংঙু নোংইন ফাবা

মৈদিংঙু নোংইন ফাবা চহী ১০ দা ফম্বাল কায়এ। লৈচোন আথাগী[১] কুম শক ১৪৪৬ তা নোংইন ফাবগী মতাবু অঙৌপাম্বা ক্যাম্বনা ৎংনৈএ। অঙৌপাম্বা ক্যাম্বনা উরেকশেং[২] চাশঙবা চিনববু মৈতৈরৈমা চংনিংফাবীনা নয়ুম অঙোমদি চিনফবনে হাযনা থানখিএ। অঙৌপাম্বা ক্যাম্বনা তাথীহুনা নোংইনফাবা মমা মচাবু হাংএ। মকা ক্রুমদা শিএ। চহী ১ পাম্লমএ।

৪২

## মৈদিংঙু কবোম্বা

মৈদিংঙু কবোম্বা[৩] ফম্বাল কাএ। সমপুন ভমএ। মান্দি লাংমৈবা কায়এ। মোইবা, কপচেম্বাগী কুমদি শক ১৪৪৭। হিনাউবা খানাম্বোংগী কুম শক ১৪৪৮। লাইশ্রম খম্বাগী কুম শক ১৪৪৯। চকপা পুংপুন ভমএ। মান্দি লেংশিংপু কাএ। চরোইবম খোকআগী কুম শক ১৪৫০ লম্মুন পুংচাউ খোনএ। ময়াংলম্বম

১ [ কুম্বাবা খরুদা ইনদি—"লৈচোন আথাগী কুমদি শক ১৪৪৫ মৈতৈরৈমা সেরেম্বী পোকএ। মৈডিংঙু লমক্যাম্বনা কম্বাম্বা চাহি ১২ দা নোংকাএ। পুক্সিদি চহি ৩৮ নে। ০। মোইবাং কপচেম্বাগী কুমদি শক ১৪৪৬ মৈডিংঙু নোংগ্নিন ফাবনা চাহি ১২ দা ফম্বাল কাএ। নো ম্নিন ফাবা মমাবু অঙৌপাম্বা কাম্বনা ৎংনা এ। অঙৌপাম্বনা উরেকশেক চাশঙবা চিনববু মৈতৈরৈমা চ নিংফাবীনা ( চংনিংখোবীনা ) নম্নিম অঙোমদি চিনফবনে হায়না থোথামখিএ। অঙৌপাম্বা কাম্বনা তাথীহুনা মমা মচাবু হাংলে। মকা কুমদা শিএ। হিনাউহনবা থাবারোক্সী কুমদি শক ১৪৪৭ মৈদি ঙু কপোম্বা ফম্বাল কাএ।" ]

২ উরেকশেং—উরোক মতু

৩ মৈদিংঙু নোংইন ফাবা অমসুং কবোম্বা—মৈদিংঙু লমকিয়াম্বনা চাথা তাংখুম ভবীগা থম্মোইরোন চংনিংফাবীগা অনীম্বা পাম্বহুনা চংনিংফাবীনা নোংইনফাবা পোকএ। শোইনাইবে। চাথা তাংখুম ভবীনা কবোম্বা পোকএ। নিংথৌ ওইএ।

লায়াগী কুম শক ১৪৫১ লমকাই ডমএ। লাদ্দি য়েকচম্বু লৈবোংবু ফাএ। কাঙ্গরম পুংজাউ থোনএ। ঙংনাম খমথাইগী কুমদি শক ১৪৫২ মৈতৈরেমা সেরেম্বী লুহোংএ। খুবাই থাংকোক মানবগী কুমদি শক ১৪৫৩ সমপুম ডমএ। লাদ্দি কোনচং লানচুংবম্বুং থামেংপাম্বুং মোবাবম্বুং ফায়এ। খাচাগী বাইখু শিএ। লাইচৌ থোকএ। ঙাংলোম খাংসেরাগী কুমদি শক ১৪৫৪ তুসোন ডমএ। লানদি লাংকচকপা নোংকাসোনপা ফায়এ। লাইতোঙ্গম মুসেবাগী কুম শক ১৪৫৫ লানদি তখেল ডমএ। লানদি আরাই তোলাইকুপ্পা লোননাথাংবা সানোংবা ফায়এ। নিংথৌজম তোনলোই শিএ। বাইরোকপা লমনাগী কুমদি শক ১৪৫৬ তা তখেনখোং তৌএ। শনশিএ। থিঙ্গুজম যুহেনবগী কুম শক ১৪৫৭ শামুক য়ামনা শিএ। লৈচোন কোংডংলোন মানবগী কুম শক ১৪৫৮ তেথাও লম্বী কাংএ। তেথাও লৈমা খোংনাম্বী চঙখিএ। শামু তেথাউডম্বা থোকলকএ। তেথাউ লুম্বুং অম্নুডৈ শাইএ। ফৌপু নানবাম্বু অম্নুডৈ থোকএ। লমলৈ থানানবগী কুম শক ১৪৫৯ অঙৌপাম্বা লমহাংডম্বা[1] পোকএ। আতাই আগী কুম শক ১৪৬০ সাংপম তাকএ। ঈশিং য়াম্না চাউএ। মায়সুং নিংসুং ভারোদে। খোঙ্গস্ত খুংসু হামলোদে। বাইরোকপম স্নারোকী কুম শব ১৪৬১ মৈদিংঙু কবোম্বা ফম্বালদা না য়াংএ। হিসুং তোংএ। লমসুং থোকএ। লাইনি ডাগী কুমদি শক ১৪৬২ মৈদিংঙু কবোম্বা লমকুমএ। অঙোন কৈশংবগী কুম শক ১৪৬৩ কালে ডমএ। লানদি কালে নিংথৌ রাংপন লাকপগা হাওম্নু লাচোংম্নুগা ফায়এ। লাইচৌ থোকএ। তাম্নিনাপা চাউবগী কুমদি শক ১৪৬৪ কবোচানা তেংগোন লান কারকপবু ডমলৌএ। মৈদিংঙু কবোম্বা ফম্বালদা চহি ১৮ দা শিএ। স্নুপনা পুন্সিদি চহী ২৪ নে।

৪৩

## মৈদিংঙু তাংজাম্বা

মৈদিংঙু তাংজাম্বা[2] চহী ২৬ তা ফম্বাল কায়এ। মৈদিংঙু কবোম্বগী তানথোকপদা থোকচাউচাম্বা পুথ্রনবু প্যাওবম ফানাম্বনা হাংএ। পুথ্রনবা

১ অঙৌপাম্বা লমহাংঙম্বা—অঙৌপাম্বা লাংলোইডম্না মপাউঙবী পাম্নহুনা তুলোম-ঙবনে অঙৌপাম্বা লমহাংঙম্বনে পোকই।

২ মৈদিংঙু তাংজাম্বা—মৈদিংঙু কবোম্বনা থিংবা ঙবীনে লৈশাংথেম চঙ্গনে হমা পাম্নহুনা লৈশাংথেম চঙ্গনা তাংজাম্বা পোকএ। নিংথৌ ওইএ।

খোকচাউ চাহুগী মচা হাওবা চেনাদি অচৌপাম্বা লাংলোইভম্বদা[১] চেনএ। পাওবম কানাম্বনা পীও হান্নবমু অচৌপাম্বনা পীদে। পাওবম কানাম্বনা কদৌবা পীদবনো হায়ছুনা অচৌপাম্বা লাংলোইভম্বমু হাংকে তৌখিএ। খোকচাউচাম্বা চেনানা অচৌপানবগী থোঙজিল্লা লুমভারছুনা পাওবম কানাম্বদ[২] হাংলে। হিয়াঙ্গৈ কুমশাবা শিংলে। মৈতৈলৈমা ভাইবোম্বীগী মাপু ওখেল পোকএ। হিনাউবম খোমাগী কুম শক ১৪৬৫। ইবোম কানাগী কুম শক ১৪৬৬। লুক্রাম চতাগী কুম শক ১৪৬৭ মৈদিংঙু ভাংজাম্বা কয়াম্বা চহী ওলা নোংবাএ। মুপ্পা পুন্সিদি চহী ২৯ নে।

## ৪৪
## মৈদিংঙু চলাম্বা

মৈদিংঙু চলাম্বা[৩] চহী ৩২ দা কম্বাল কাযএ। চবুংবম লাকাগী কুমদি শক ১৪৬৮ ইবেম্মা সনাহল পোকএ। ভোম্বা লাংগোল চুম্বগী কুমদি শক ১৪৬৯ মৈদিংঙু ম্‌য়াম্বা পোকএ। তাংখুল আখংলাংসু মুবাথেম্বস্নং কায়এ। য়াংভম্বম খোইবিগী কুম শক ১৪৭০ অচৌপাম্বা কিয়াম্বা শিএ। খুবাই লৈমা খুবোইভম্বী পোকএ। মৈদিংঙু চলাম্বা লম কুমএ। ভা লৌলাগী কুম শক ১৪৭১ অচৌপানবা লাংলোইভম্বা শিএ। অচৌম তাকএ। চোংথাম মুবাফাবমু হাংএ। খুাইবাকপা খুজাংওবসু পোকএ। ভুইবেম লপাগী কুম শক ১৪৩১ অচৌপানবা ভুশোনভম্বা[৪] কম্বাল কাযএ। থকাবা কুমদা শিএ। লমৈল থেংগাগী কুম শক ১৪৭৩ দা অচৌপাম্বা লাল্লুমভম্বা ওম্মা কম্বাল কায়এ। খুবম্যলৈমা থাংনাইভম্বী লুহোংএ। খাবম হাওদা উচাউ ভেকপমু ওখেল লাল থাবকএ হায়ছুনা লৈপাক পুম্না থংনৈএ। মাইচম্বগী কুম শক ১৪৭৪ দা যযেং লম্বী লমলোইএ। লাংথা মুবাবীনা লৈচেন

১ অচৌপাম্বা লাংলোই ভম্বা—অচৌপাম্বা কানম্না লেকমুঙী পায়ছুনা অচৌপাম্বা লাংলোইভম্বা পোকই।

২ কানাম্বা—বাহৈ এদি মৈশৈ মবেক্তা থবা অতোপা দুবাবা লাইবিক্তা ফাপা হায়না ই।

৩ চলাম্বা—শানোংবা লাম্‌মথোক্কা অপ্রেম চচ হাওচোংভলীগা লৈচোলাকপা ভোমোংখোম্বা চম্বগা মনাউ ইবেম্বা অনী পাম্বভনা নোংবারোন হাওচোংভবীনা খোংনাম্বগ, চলাম্বগা অনী পোকই, লৈচোলাকপা ভোমোংখোম্বা চম্বনা চিংপ্রাম্যাংবা পোকই। মৈদিংঙু ভাংজাম্বনা নোংগাববদা চলাম্বনা নিংখৌ ওইখি। খোংনাক্সী উদি বাংথৈয়াকপম। চিংগ্রাবাংবগী উদি—বাংথম্বয়ম, মুবাখাইবম।

৪ ভুশোনভম্বা—অচৌপাম্বা লাংলোইভম্বগী মচা।

নাহ্নুনা তেংপাকনা হুম্নহনা শিএ। লাইজাউ থোকএ। থোঙাম তেনবগী কুম শক ১৪৭৫ খুতোং লমলেন লম লোইএ। মৈদিংঙু চলাম্বনা কোংয়াংফাইদা শা য়ামনা ফায়এ। শায়ামপুং থোল্লে। ইবোম খম্বগী কুম শক ১৪৭৬ নিংথেম যুমজাউ নৈ হোঁএ। চিরু ভমএ। লান্দি আরেংপু খুমকাংপু কায়এ। শোংলেবা মায়মুগী কুমদি শক ১৪৭৭ চিরু ভমএ হায়হ্নুনা হৈয়েনতু লৈশাংখোং তোঁএ। ক্লুংশীং হাকনা শীংএ। যুমকৈ হুমতেকএ। চাংপোম্বী পোকএ। থিংবাইজম পাঙনগী কুমদি শক ১৪৭৮ য়াইস্কুল পাখংনা শামাখুল নাহ্নুনা লান্দা শিএ। শাংপম চাউবাসুং, কবুই মাযমুসুং, হিজম খাংসেবাসুং ইবোম খম্বাসু মরিমা শিএ। মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী মমা লম্ফেনঙম্বী শিএ। পাংঙবা চাখবাগী কুম শক ১৪৭৯ হি মঙত্রা থোকএ। ময়াংলৈমা মোনশাম্বী চঙখিএ। যাইস্কল লাবপা সনা য়াইমা পোকএ। লমদা থাদা অঙোপাম্বা লমদাবা[১] পোকএ। তাবা ইংলাংবগী কুম শক ১৪৮০ কৈখেনগী নুং চিংএ। নুং অমদি খুঙ্গানা[২] চিংএ। নুং অমদি নাইচানা[৩] চিংএ। নুং অমদি মনিংদি চরাই কাপোং কৌএ। নুং অমদি নমশানা সৌএ। নুং মহাক্তি ওইনাম নুংনে। লনহাং নায়এ। লান্দি কাপু যাযএ। চরাই কাপোংদি অহল্লুপ লোয়শঙদা যুংএ। শিনাইবা কাঙেংগী কুম শক ১৪৮১ দা অনান নায়এ। অনাম ভমএ। লান্দি অনান নিংথৌ নোংনিনখোই কাএ। তোনবা লৈচোনবগী কুমদি শক ১৪৮২ থিংনেং থোনএ। লান্দি বাংলেনপাসুং হাওয়ু শেনহোংপাসুং শেনখোংবীসুং শেনহৌবসুং সুমলেংপাসু থমা কায়এ। মৈনং থোনএ। লিখেং খেমএ। ভিহাইবা যাযএ। নাবম থোনএ। সমলোইবম থোইয়াগী কুম শক ১৪৮৩ থিংনোংসুং ইংথিসুং থোনএ। খোংভাইবেন নিংথৌবাগী কুম শক ১৪৮৪ মৈদিংঙু চলাম্বা শিএ। ফম্বান্দা চহী ১৭ নে। স্নুপনা মপুনশিদি ৪৮ নে।

৪৫

## মৈদিংঙু মুংয়াম্বা

মৈদিংঙু মুংয়াম্বা[৪] চহী ১৮ দা ফম্বাল কায়এ। ইবেম্মা কোইরেম্বী শিএ।

---

১ অঙোপাম্বা লমদাবা—অঙোপাম্বা লম্ফেন ঙ্গনা য়াইবোকপম চম পাম্নহনা অঙো-পাম্বা লমদাবা পোকই।

২ খুঙ্গা—নাইফম থাবম পানা। —ফমলোন

৩ নাইচা—অহল্লুপ নাহারপ পানা। "ঙ্গা নাইচা অনীমকপু পানা কৌএ।"—মশিন

৪ মুংয়াম্বা—মৈদিংঙ চলাম্বা নোংবারোন কৌবা লম্ফেনঙম্বীগা কোংবম চম্নগা

থোকএ। অঙৌপাম্বা লনহাংঙম্বসুং[1] লাংখোং হোঙএ। মৈতৈ লৈমা সেরেম্বীনা ঊ হোংএ। কৌবরেন্দা হিয়াম থোকএ। তারি হৈরাংখোংগী কুমদি শক ১৪৯২ কবো লৈমা সনা লাংমৈবেম্বী চঙখিএ। মংশা নিংথৌ কানচমপুসুং মংসামবৈদা হাৎনৈএ। মৈতৈলৈমা সেরেম্বীনা অমেৎপা[2] লোয়শঙদা কমএ। সকাং নায়এ। লান্দি মোম্থৌবু ফায়এ। নোংদমপু নাত্থনা সংখোম মান্না শিএ। মাইবা অমেৎপনা লমকাং নাত্থনা খাইতেমগী মাইবা ক্লাকপা শিএ। অতোন উকম্বগী কুম শক ১৪৯৩ শোমশোক নাবা চৎলে। লান্দি লেংয়ান ফায়এ। মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা অরুম হৌত্থনা হিয়াঙৈ হি তোংদে। নিংথৌ মুরানা হি তোংএ। থৌকাইবনা তেন লোকএ। আনান নাবদা আমোন মায়াম্বসুং কৈশাম মুরাম্বুং থিংবাইজম পারাম্বুং সংখোম্মাসুং ৪মা শিএ। লাইতেংপুন কানাগী কুম শক ১৪৯৪ নোংথৌদা লাইরেন পাইএ। ইবুংঙো লামোম্বা শিএ। কবো মরু খোমএ। খাগোকপম পাঙ্গাগী কুম শক ১৪৯৫ দা ইবুংঙো পুত্রম্বা খোম্মা[3] পে কএ। য়াইস্কুল লাকপা সনা য়াংম্বু শিএ। কম্পোং মংপাৎ থাইএ। কবো-মুংবীবাকপা খুংসম নাইএ। কবো খোমএ। ককচিংম্বু, লেংখুসুং রাইকোবম্বু, সেন্দি খুনম্বু ৪মক খোমএ। কবুই সামাখুন ঙমএ। লান্দি অরেংবু ফায়এ। ইবেম্মা কোইবেম্বী পোকএ। নোংলম্বু খেনতৌগী কুমদি শক ১৪৯৬ তা তাঙলমএ। ৬ক, চুই, য়েন য়াম্না শিএ। মৈদিংঙু মুংযাম্বনা সামাখুন ঙমএ। লান্দি যাঙম্বসুং মৈতৈ চোংসুং ২মা ফায়এ। নোংথোনবা অতোন শিএ। কবো[illegible] সনাহেকপী চঙখিএ। থিংনোংম্বু, যিংথিম্বুং, তাংবাম্বু খোমএ। লাইরিং খোনা লোইচু লাংমৈ চেম্নবদা লান ১০ হাৎএ। লুপা লুচপ শীংনৈএ। নংজম লুরাংগী কুমদি শক ১৪৯৭ তা লনহাং চুইতোক চনএ। মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা যুনতাউ হোংএ। মুনা খুৎহৈবগী কুম শক ১৪৯৮ লাইযিংথৌ খাগেম্বা[4] পোকএ। লনহাং য়াংলৈ

১ **অঙৌপাম্বা লনহাংঙম্বা**—অঙৌপাম্বা লাংলোইঙম্বনা মপাংঙম্বীগা লাইরিকয়েংবম থানা চাউবম চম্বগা ২মা পানতনা মপাওঙম্বনা লহাংঙম্বা পোকএ। লাইরিকয়েংবম চম্বনা মাপুংথি পোকএ। —শঙ্গাই ফম্মাং

২ **অমেৎপা লোয়শঙ**—পূকশুবা মাইবগী লোয়শঙ।

৩ **খোমমা পুত্র্ম্বা**—মৈদিংঙু মুংযাম্বনা থোকচোম চম্ব পানত্থনা খোমা পুত্রম্বা পোকই। মাগী উদি—১। নোংমৈকাপ্পম ২। তেনগুবম। —শঙ্গাই ফম্মাং

৪ **লাইযিংথৌ খাগেম্বা**—মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা চাংবোম্বীগা থোকচোম চম্বগা অনীমা পানত্থনা চাংবোম্বীনা লাইযিংথৌ খাগেম্বগা খুবাইবাকপা চৌংলোম্বগা শানোংবা অতোনবগা অহুম্মা পোকএ।

ঙমএ। নাইচারাকপম সানোংস্থুং মুতুম খাবাস্থুং কাপা লাসোইস্থুং কাংঙবম ময়াম্বস্থুং মায়াংম্মস্থুং শিএ। পুখ্রনবা কোইরেম্বনা উ হোডেহ। হৈম্নাম বাকচিংগী কুম শক ১৪৯৯ খাইরাকপা খুনজাউবা লম থোকএ। লনহাং নাগে হায়দুনা লমখম্বীস্থুং লুপা খাউ, খাঙস্থুং শীংনদুনা লনহাং নায়এ। নিংথৌ তোরাস্থুং নাইখুরাকপা তোরাস্থুং ২মা শিএ। চীংগোন নথক্তা পুং থোনএ। কবুই লমদা লম য়েংএ। মুরা লোনতাইগী কুমদি শক ১৫০০ দা তোনবী নায়এ। তোনবী ঙনএ। লান্দি খোংতৌস্থু বাল্লোংস্থু ফায়এ। হিদান বাখুবাস্থুং শিএ। চিঙভাদা মাঙবী মহৈ চিন্নাইএ। ইবুংঙো লনহাং চাইবা লাই ওইএ। ইবেম্মা থিংক্রাচাইবী পোকএ। ইবেম্মা কোইরেম্বীস্থু পোকএ। শবাংথেম ডাইখোংগী কুমদি শক ১৫০১ দা ফানজাউ চিংএ। পুখ্রনবা কোইরেম্বগী মনাদগী নাশিবু হাওনা যোয়তংনা পুখিএ। লমযেন ঙনএ। ইবুংঙো খুনজাম্বনা খাবন চঙদুনা শামু খবলো কৌবা ১মা থোকলকএ। মংসামকৈদা ফানজাউ চিংথবদা হৈনৌ থোং চেক্তনা ইবেম্মা সেরেমডম্বী তাদুনা শিএ। সাংখু থোকলকএ। থোকচোম পাঙনগী কুমদি শক ১৫০১ মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা উ হোডেহ। ময়োন ঙনএ। লান্দি য়ুরুম্বী লাল্লুম্বা ফায়এ। চিংশোং ঙনএ। লান্দি শম্বুংবু ফায়এ। মৈতৈ লৈমা মোংখোংডম্বী পোকএ। থোংজাউদা সোইজিন চাদুনা খাগোকপম পাঙনস্থু লাইশ্রবাস্থুং খাবোই য়েংলৈ চন্নুস্থুং লঙজনা শিএ। শবাংথেম আখাগী কুম শক ১৫০৩ ইবেম্মা থিংকাবাচাইবী লাইথোক্তনা শিএ। লনহাং কামন ঙনএ। লান্দি লনহাংপু ফায়এ। ভুসোম্লম্বম খোয়াস্থু লিতংস্থু শিএ। মাবাম লৈমা পোংম্মস্থুং খুনবীস্থুং শুহৈংএ। শবাংথেম ক্যাখাইগী কুম শক ১৫০৪ দি নরাম্বা থোকএ। ইবুংঙো খুরায়রাকপা য়ায়মাবা পোকএ। কবো শোমশোক নাদুনা খুরাই লোকবা শিএ। খুন্দোংবগী কুম শক ১৫০৫ নিংথেমগী য়িমজাউ মনাক্তা লৈকিখৈএ। শঙাইপুংদা লোইতোংদুনা য়েংকোকপম পুকচাউ শিএ। মাইবস্থু য়ুথবনৈএ। শন্দং য়েননা চেম্নাএ। হাওবিজম পাংডারাগী মতুস্থুং মমৌস্থুং খোইরিখুনচিংদা মরাম হাওনা হাংখিএ। বাঙ্গেবম তোরাগী কুম শক ১৫০৬ খুরাইলৈমা তখেন চাইবি পোকএ। তখেন্দগী শামু খেম্বেঙম্বা থোকলকএ। য়ারৌদা শা য়াম্না ফায়এ। থংকান খুনলেন নাদুনা কোনশবা লাংমৈস্থুং ময়াংলম্বম চরাংস্থুং মরাম লানশিংনদুনা চিংপন্দা পন শাইএ। হি লাংমৈবা থোকএ। মাইবা য়ু থকনৈএ। শগোন চেম্নাএ। বোম্বম তোরাগী কুম শক ১৫০৭ ময়াংলৈমা কোইরেম্বী চংখিএ। ভেম্বাপুং ফাংথাএ। লালু চেন থাএ। লংমাইচিংদা

ওক লাবা খুঙৈবা মনা হুৎপা ফাহুনা নিংথেম য়ুমজাউ মৈ হৌএ। অঙোম য়ৌনা চাকএ। কবো লোমশোক নাহুনা অঙোম কোইবাহুং কবো মীকোনহুং হৈক্কবাহুং অহুম্মা শিএ। য়েনখোইবম মুরাগী কুম শক ১৫০৮ দা ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপা সানোংবা পোকএ। অঙৌপানবা মচা ময়াম্বহুং চিংশোং চাইবাহ্ শিএ। অঙৌপানবা মচা সেকমোমপা পোকএ। ক্যাংখোমমাহুং শিএ। শিনাইবনা য়ুথক্কুনা চায়িন চানাইএ মরাম নিংথৌ খাংপু ফায়এ। হিসাবম তাবাগী কুম শক ১৫০৯ কৈথেন থোনএ। ইবেম্মা চাংপোম্বী মমা হৈরোক ঙম্বী শিএ। য়াইস্কুলনা লম্বাল চাক চানাএ। লম্বান পুং থোনএ। মাইবনা য়ু থকনৈএ। সনচেন নৈএ। খুরাই হাওরমগী কুমদি শক ১৫১০ দা খাকী নীশা চাবা থোকলকএ। ইবেম্মা তখেলচাইবী লুহোংএ। খ্বাইরাকপা খুঙ্গাউবনা উ হোংএ। চুখিনা থরাইরাকএ। রাকচীং লৌউডৈ যুহা হাইএ। মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা যাইস্কলদা লম্বান চাকচাউঙেদা লম্বান পুংজাও থোনএ। লোইতোংবন তেংকোনগী কুম শক ১৫১১ ইবেম্মা ময়াংম্বু পোকএ। অঙৌপাম্বা মুংযাংচাইবা[১] পোকএ। তাংখুল লমদা হিয়াম থোকএ। খাচারাইচাগী মী শিএ। লৈরোং কৌবীগা মুংকারা কৌবিগা ইরাংতুনা মীয়াম শিবা ফয়ে। শামু থরোঙম্বা ভাওহুনা কনরম্বন আতোন শিএ। কবোরমদগী শামু অঙোম অমা থোকলকএ। কোনশাবনা য়ুথক নাইএ। হুরাইবগী কুমদি শক ১৫১২ চাঙৌপুং নাহুনা লমসোংহুং, কুমফি চাউপাহুং কারুবম খোইয়াংহু অহুম্মা শিএ। ময়াংলোই অতেংবা থোমএ। পূকশ্রিনা[২] ফৌ চিকথেকএ। ইবেম্মা কোইরেম্বী লুহোংএ খুরাই চাংশোম্বগী কুম শক ১৫১৩ নিংথেম য়ুমজাও মৈহৌএ। ক্যাং অকোনবা থোনএ। লৈমা চৌসোই ফারকএ। লংশিক নাইবহুং অহুঙৈ হৌএ। কোকচাই থোংহু তৌএ তোনসেন ঙমএ। লান্দি নারোইবা ফায়এ। ইবেম্মা তোনসেম্ব পোকএ। তেংকোন চাইবা তোনাগী কুম শক ১৫১৪ সোমশোক তাকএ। শামু তেংকোন চাইবা পোকএ। লান্দি লাসোই ফায়এ। খুরাইলৈমা[৩] খারোইঙম্বীনা[৪] উ হোঙএ।

১ অঙৌপাম্বা মুংয়াংচাইবা—অঙৌপাম্বা লনহাংঙবনা খুরাইলৈমা খারোইঙবী পারহুনা মুংয়াংচাইবগা শেকমোম্বগা অনী পোকই। মুংয়াংচাইবদি অঙোম নিংথৌ ওইখি। শোইনাইদে। শেকমোম্বহ্ শোইনাইদে। —লোংজং

২ পুকশ্রি—ফৌ চীকথৎকনবা তীল মখল অমা।

৩ খুরাইলৈমা—অঙৌপাম্বা অঙোম নিংথৌগী মনাও ইবেম্মা লৈমা।

৪ খারোইঙবী—অঙৌপাম্বা লনহাংঙবগী মনাও ইবেম্মা।

নিংথেম খাগেম্বা য়িন তাইএ। মংশামকৈ কৈফম থোনএ। কৈংম্ব তম্মা শাইএ। কৈঃ শাউদা শম্তুং শাগেগা ইরোই শাগেগা হাংতুনা শা থোকপা য়েংনৈএ। শম্তুংনা থোইএ। য়াওরোদা শায়াম ফায়এ। কবো য়ু থকনৈএ। থিংবাইজম পাম্ভ্রাম্বুং শিএ। তোক্ষম চুবাগী কুম শক ১৫১৫ ইবেম্মা সেরেম্বী শিএ। নাইখুবাকপা কোংয়াম্বম্বুং ইবেম্মা চাংপোম্বীবু লঙজজুনা শিএ। মৈদিংঙু খাগী ঙম্বা না য়াংএ। হিস্তুং তোংএ। লমস্তুং থোকএ। অঙৌপানবা লনহাংঙম্বা শিএ। নিংঙেন্দা কাংকুং কাংরোই লান য়াম্না হাংএ। থোইবি ঙাবেনবগী কুম শক ১৫১৬ মৈতৈ লৈমা চাংপোম্বী ফম্বাল তোংএ। আনাল মাপৈপু নায়এ। মৈদিংঙু মুংযাম্বনা মচা ইবুংঙো খাগেম্ববু লান তম্বিএ। লান্দি শিম্মোইবা ফায়এ। মখাওদা হি থাংএ। হাওনা মখাও য়োনা হিনাউ য়ান্দুনা তানএ। সনা থাওস্তুং স্না চুঙ্গোযস্তুং কোবিথুস্তুং মাঙলোএ শমলোইবা অপাংনচিংহুনা তাংখুল মোম্বোফম য়ানলে। লান্দি মবোরেং ফায়এ। লৈমাবা শিএ। ইবেম্মাচাংপোম্বীনা লৌবৈ থাংএ। অনান খুল্লেন নায়এ। লান্দি খোংচুঙপাম্বুং লানচুংবাম্বুং তোলোই-বুম্ব বাবএ। ইরোমবম থা ভাগী কুম শক ১৫১৭ নৈতৈলৈমা চাংপোম্বীনা উ হোংএ। অঙৌপানবা মু য়াংচাইবা ফম্বান কায়এ। মোনশাং নায়এ। লান্দি পানতোং ফায়এ। চাইবেন য়াওবা শিএ। মাংসাতাবম কোইবেংগী কুম শক ১৫১৮ নৈতৈলৈমা চাংপোম্বীনা লৌ হোঙএ। তাংখুল লমদা হিয়াং থোকএ। নী হাপনা শিএ। হিনা লান কাবা থোকএ। লানহেম স্না হুবস্তুং হাংনৈএ[১]। হাওখোম মীক্রাগী কুম শক ১৫১৯ চোথেনা হি নৈবোংবা নাবান কাবা থোকএ। পাংলেন থোম্বী পোকএ। চড়িং কৈযম থোনবদা থুম্মবচম ময়াম্বা শিএ। যাইস্কলনা মাগী লোয়শঙগী য়াঙ চিংবদ কবো নংসামগৈ কৈ শওবা চেনখিএ। তান্দুনা হাংনৈএ। শামু মবাম্বস্থ থোকএ। মৈদিংঙু মুংয়াম্বা কম্বান্দা চহী ৩৫ দা শিএ। পুন্সিদি চহী ৫২ নে।

৪৬

## মৈদিংঙু খাগেম্বা

মৈদিংঙু খাগেম্বা[২] চহী ২৪ দা ফম্বাল কায়এ। কম্বাল লান্দি তোনঙৌ নাযএ। লান্দি লোকপানচিংনা লান য়ামনা ফায়এ। থৌদাবম মিৎসংগী কুমদি

---

১ হাংনৈএ—হাংলে।

২ মৈদিংঙু খাগেম্বা—মৈদিংঙু মুংযাম্বগী মথংদা মজা ইবুংঙো খাগেম্বনা নিংথৌ খুবম ফংখি। খাগেম্বা কৌগ্রিঙৈদা মৈদিংঙু সনা হিহোনহনবা পোইরৈ নিংথৌহনবা কৌবশি।

শক ১৫২০ সাতাংদা লম য়েংএ। সাতাংদা কোইবেং মকুম নাতুনা শিএ। পাউনম থোইরিস্নুং শিএ। য়াইস্কুলনা লোইজিংদা থাংলাবু চিংহুনা ববো থুন চেনবা অমা ফাহুনা হাংএ। কোনখোম লাখাইগী কুম শক ১৫২১ মুংশংমু খোংনাংম্নু হাংনৈএ। মুংগী লানমিংনে। ইবুংঙো থুবাইলাকপম্নুং য়ুমতাইএ। নাম্নুং য়াংএ। থোংভাইওম কবো শিএ। থাওদৈজম হুয়াম্বগী কুম শক ১৫২২ মৈদিংঙু খাগেম্বা হি তোংএ। লমম্নুং থুমএ। কৈকা লানকা পুনএ। মৈতৈরেমা ভাইপোম্বী পোকএ। ময়াং পল্লেন শাইএ। ইবুংঙো সেরেমঙম্বা লম থোকএ। লোইতোংবম তাউপুং আগী কুম শক ১৫২৩ ইতোক নাহুনা হকবানথেম পাওন শিএ। শমলোইবনা উ হোঙএ। লক্ষেন মপান কৈঃ শাহুনা তেকথরকএ। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মখাং শোকএ। ভারোই নোংকিনশ্নুং শিএ। কবোলৈমা স্নাহেকপীম্নুং চঙখিএ। থিংনোংম্নু য়িংথিংম্নু তানোংম্নুং থোমএ। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা য়ু থকনাএ। থোইজু লাংমৈ চেননৈএ। লান ১০ ফাবদি থোইজ থোমনাএ। লুপা লুহুপ শীংনৈএ। লুহুপ উপ্নম্নুং হৌনৈএ। তাংখুল লমদা হিয়াং থোক্কুনা লাইতোম্ভম চিংশোং শিএ। লোইতোংবম ময়াংগী কুন শক ১৫২৭ ক্যাং ভমএ। লান্দি চৌশেংখমম্নুং, থামুম্নুং চৌবাইম্নুং ফায়এ। মুপনা ১৭৭ ফায়এ। নবাওম্নু হুনএ। লান্দি থামুংম্নুং তখেন মুংম্নুং ফায়এ। ক্যাং লাইশাবম্নুং লোকএ। ইবুংঙো ক্যাম্বম্নুং পোকএ। শামু কাম্বহুং থোকলকএ। তাংখুন য়িতোক নাহুনা তখেন যাম্লেম্নুং কপামচা সেমাম্নুং সনলোইবন পাংভারা মচাম্নুং ৪মা শিএ। কবোদগী শামু অমোম অমা য়াওনা থোকলকএ। নাত্রম বাপোগী কুন শক ১৫২৫ তখেন লাংলোং ভমএ। লান্দি আরাই চম্প্রাম্নুং লিম্হোংবম্নুং ফায়এ। শামু মচা পোকপা অমম্নুং থোকলকএ। ইবুংঙো শানোংবম্নু না য়াংএ। ময়াং নৈনা তোনশেনম্নুম্নুং চঙখিএ। শামু অয়াম্বম্নুং থোকলকএ। থিংবাইজম মংশাম্নুং মুতুম অয়াম্বম্নুং য়েনখোইবম থুম্বা অয়াম্বম্নুং শিএ। হকবান-থেম খুনজানগী কুন শক ১৫২৬ খুাইবাকপা থুনজাওবম্নুং খরোইঙম্বম্নুং লঙজনা শিএ। ময়াং লাক্কুনা চেকশঙ মনাক্তা থাক্লৈ[1] তৌরমএ। মৈদিংঙু খাগেম্বগা

থাগী চৌফা হোংদৈ ফায় হায়হুনা খাগেম্বা কৌখি। "লাইবেন মৈদিংঙুনা থাগী খুমেন নৈদা চুংলেপ ৬০ চোং কাওরেন শনথাঃ ১০ লান থংনং নৈতং লেংনা থৌশাখবদি চৌফা হোংদৈ লাম্মৌয়াংবু কায়না হন্নে। অহু নোংগীবু শেনবী খাগেম্বা চৌফা হোংদৈ কাবা-ও তৌনা কৌএ।" —নিংথৌরোল লম্বুবা লাঃ ২৮০

১ থাক্লৈ—খোংবান, খোংলম।

য়াথারেক্কা মেন্তা শবি শোমৈএ। ইদুংডো শানোংবস্তুং মযাংনা থৈথিএ। তাংখুল হাওনা মযাং নাগে লাকপবু শবি শোয়বনা[১] হায়রতুনা হাও পুম্নমা থামলে। কৈশাম মযাংগী কুম শক ১৫২৭ তা মবিং থুতে নাযএ। হিংডম্ব নাইনিং শিএ। ঙ্ংভাই নাযএ। বৈশাম পনশাস্তুং শাইথোম খোইযাস্তুং শিএ। মৈদিংঙু খাগেম্বনা দোলাই তোংবস্তুং অহুডে হৌএ। মনাই অকন তথো থৈবিকপু সনা তান লুপা তান কুচাএ। মবাম তঙএ। মমলক্কী ম থৈবিকস্তুং পনপানতা হোংলোকহনএ। অথেন খুনপানবা শিএ। হৈবা৲খেংজম মোনশাংগী কুম শক ১৫২৮ ইবুংডো শানোংবনচিংহুনা যাংকোইবোমদা মযাং লাকএ হাযহুনা চংএ। লাইযিংথো খাগেম্বনা মযাং ভমলৌএ। শানোংবস্তু থামলৌএ। শামু ৩০ নোংমৈ ১০০০ পাঙন পালা ১০০০ থাঙ শাবা, কোনশাবা, খুৎহৈবা, পেবে পুংতোং, কাপৈ শাবা, ধোবী, শগোল শেনবা, শামুশেনবা অসি থৈবিক লোকলৌএ। পাঙন অচৎবা থৈবিক্তি লোযশঙ অমা লি লৌএ। লান্দি ১০০০ ফাযএ। মৈদিংঙু খাগেম্বনা ফাবদি যানলৈতাশগা মাইকা তাশগা সনা পুখিগা তেক্কাবাক্ত কৈকবগা পোনচেং-খাগী মি নাইবা ৬ য যএ। শগোল কাঙজৈ শাম্নবস্তুং[২] অহুডেগী মথৈ হৌএ।

———

[১] শরি শোয়বা—বাশরন।

[২] শগোল কাঙজৈ শাম্নবগী নিযম থবা লাইথিংথো খাগেম্বগী মতমদা হৌদাকখিবনি। মসি পানা কাঙজৈ ওববমগনি। শগোল কাঙজৈ অহানবা হৌখিবদি নোংদা লাইবেন পাথংবগী অমা মমাঙদগী না। কাঙজৈরোন কোনা পুযাদগী খঙবাদা শগোল কাঙজৈ শাম্নবসি নিংথো কাংবগী হাঙওগা হৌখি। 'নিংথো কাংবনা চৎলে হঙ শোযরবগা ইদাইরেম পাথৌ পুম্নমা মালোই শাযাঙেকা ফম্না লীচৈ তেখান হাইনা মুন্না থেঙু মতুম তানা নাইবা পাঙন তানসে হায়রবদা নিংথো কাংবা কোমোয় মম থোনগী মৈনা বায়না চৈবু কাঙচৈ ও থোমৈএ। তম মতুমু কাঙক্রম ও কৌনা থোয়রে।" —কাঙজৈরোন

মতু কাইনথংদা নোংদা লাইবেন পাথংবনা লাইসখা (লাইম্বা) লৌরবদা লাইময়ানা পাথংবগী মরূপ খোইমুম লাইশিংগা শকথঙনগে হাযরবদা "লৈমরেন লাওন চক্লথোনবী পোইরেতোন শাথোনবী নমু পোংবু ওহবীনা চেংলৌ শকথো উন ম মংখঙনসি হাযব দ করিগী যাবোকলৌবনো? খোইমুম ঐথোখ পুম্নমাক্ত নমু পোংবু ওই অহোঙ কুপৈ লৌসি হায়না খোইমুম পুম্নমা বা তাম্নবগা খোইমুম মাচিং কৌবা লাইনা হায়- শগোল কাঙজৈ শাম্নসি হায়না হাযরবদা খোইমুম পুম্না তিম্না যানরে। মীচঙ থামনবে। থৎ তবেৎনা মীচঙ অমা, খুং তবেৎ অমনা মীচঙ অমা ওহনা থৎ তবেৎকী শাম্নবা হৌখি।"

—কাঙজৈরোন

শগোল কাঙজৈ শাম্নবদা মীচঙ অমমমদা মী তবেৎ তবেৎনা মীচঙ ওইনৈ। কাঙজৈরোম

লেংখাংপাকলৈ চিনবস্থং কোয়েং য়েৎপস্থং[1] অহুৈভ হৌএ। খিংকুরুন পাংগনবী কুম শক ১৫২৯ দা চবপা পুংপুন চেনখিএ। অঙোম ভাকএ। অঙোঁপানবা মুংয়াং চাইবস্থ ভগন্থদা থাইএ। শোমশোক নায়এ। খুমুকচম ববো শিএ। মোংবিজয় মকোংভাস্থং কোইরেং চিনথাংস্থং চকপা হোচিংস্থ থাংখৈরাকপন কৈশাম্বং মরিমা শিএ। মোংকাশানা লান খেনহুনা লান ৬০ যাযএ। খেংবন মংশাগী কুম শক ১৫৩০ দা পুরুম খোমএ। শিনপুরুং খোমাস্থং কায়এ। ময়াংখাং নায়এ। অহৈবা ভোনবাস্থ কবো লাপেংস্থ, শিএ। মৈদিংঙু খাগেম্বনু লাইয়িংথৌ[2] কৌবস্থং অহুৈভ হৌএ। খুরুমস্থ অহুৈভ হৌএ। খুরুনলবা খৈপিনপু লন কুচৈএ[3]। শঙ্গায় অরাংবা শাবস্থং অহুৈভ হৌএ। ভরুং খোমএ। মুনজাউ হোভএ। শরাংথেম শাভোককী কুম শক ১৫৩১ ইবেম্মা ভাংখোম্বী পোকএ। ম্না শঙ্গায়স্থং শঙ্গায়এ। তখেন লৈমা অকোইজন চস্থ য়াংস্থ চঙখিএ। থাংকান থাংদা পুং ভনএ। লান্দি খায়োনপু কায়এ। চারাই কাপোংস্থং মঙমংস্থং নরিপাস্থং ৪ মা কাএ। মোইবুং লোকপন ময়াংগী কুমদি শক ১৫৩২ কবো লৈমা ম্নাপুবী চঙখিএ। ইবুংঙো খুরাইলাকপা কবোম্বা লম থোককএ। নোংখোনবা অতোননা উ হোভভে। লাইয়িংথৌনা নুপীবু নোংনিংখাই চিনহন্দনা ভেন কাপনা য়ু থকনৈএ। কবো মোংকাশা নায়এ। মুম্বরাকপা মংলাবু লুপা কোকালো য়ু থকনৈএ। নোংচুপ নিংথৌবু উরুসে হায়না ময়াং, সাইবেন, সাইনেন, কাভৌ, য়োংখুন কাস্থং, লমমশি নারুন মকন, চিংশাও খুনগং ৯মা অস খৈশিকনা কৌথোকলকএ। খাগেম্বনা খামলৌএ। থেংকা ভুরেন চোংপাস্থং শিএ। কাংচুপ হিদাক থকপাস্থং অহুৈভ হৌএ। লোইতোংবম চেংবগী কুম শক ১৫৩৩ মরিং তাংকন ভনএ। ঈশিং চাউএ। কৌ চাহৈদা লাকএ।[4] ল মাইথেম্বা মুবাস্থং

---

অরেংকী মমিংদি— ১। পনগাকপা ২। পনগাকচং ৩। পরুক্ ৪। লাইজ ৫। পয়ক্ ৬। পজেংচঙ অমসং ৭। পজেনবা।

১ কোয়েং ময়েং অাং অমা হোদোকখিবগী য়ানি। মৈদিংঙু লময়কাম্বগী মতমদা মথক্তা লামায় ২৩ গী পয়েং ৩ ভবদা "পাকলোই অভোবা" হায়রিবন্থ কোয়েং অভোবা হায়বনি। কোয়েং য়েৎপদি লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মমাঙগী য়েৎলে হায়বা লাইরিক অতে অতোবা য়ামনা থেংনৈ।

২ লাইয়িংথৌ—নিংথৌ।

৩ কুচৈএ—পীএ।

৪ কৌ চাহৈদা লাকপা—কৌ পাংবা মতমদা ঈশিং থুবা।

আমোম কবোম্বুং নাইক্রাকপা লিকলাইম্বুং ৩মা শিএ। মৈদিংগু খাগেম্বা শুথু লৈহেন্নৈএ[1]। নিংথৌজম খোইরিগী কুম শক ১৫৩৪ দা মৈদিংগু খাগেম্বা উ হোঙএ। অঙৌপানবা মুংয়াংচাইবম্বুং শিএ। পৌদাবা থাকীগী কুম শক ১৫৩৫ দা মুমু ঙমএ। লান্দি লাচেং ফায়এ। খাগেম্বনা মাইবা য়ু থকনৈএ। লৈথাব চেননৈএ। ক্যাং খোং তৌএ। শামু থৌবুলা মচা পোকএ। সাইরেম লুকোকী কুম শক ১৫৩৬ ইবেম্মা কবোম্বী পোকএ। ক্যাং ঙমএ। লান্দি লৈমা শুমচাই ফায়এ। ভাইপোং ঙমএ। লান্দি শিংমি লাংথম্বা ফায়এ। লাইম্নিংথৌনা ক্যাং লৈবাক্কী শগোল অঙৌবা তোংহুনা শোনশোক থাঙ য়ৈনরকএ। লান য়ামনা ফায়এ। ইনুংঙো পুথ্রনবা খোমনাম্বুং[2] নাইক্রাকপা য়ুরম্বি শিএ। তখেন কাচোন খোমএ। মখোঙ চেকপন কোয়বম্বু তম্থাই হৌএ। মৈদিংগু খাগেম্বনা কৈখেন ১০মা হোংএ। মনা কৈখেনগী লানমিংদি লাংকোই ময়াম্বদি খাগা থাইএ। ভাইপোং নিংথৌ চৌকোংদি থকা খোম্না অহোং য়ুনৈনৈএ। অবাং কৈখেনগী লানমিংদি লাংগোই পিংক্রাদি খাগা থা খোংনাং ময়াং য়াগ্রেকতি থকা খোম্না অহোঙ য়ুনৈনরে। থা কৈখেনগী লানমিংদি পানবা কৈমুদি খাগা থাইএ। মংকন নিংথৌ সাগিদি থকা খোম্না অহোঙ য়ুনিনরে যাম্মুঙ কৈখেনগী লানমিংদি খাবিদিলেংকংনে। মোইবাং কৈখেনগী লানমিংদি শায়াম ১০০ থোম্নৈএ। খমন কৈখেনগী লানমিংদি খাবিকালেংখননে। ফাযেঙ কৈখেনগা শেংচানরে। চাইবেনগীদি নামফৌগী নোংমা ৩নাপনে। কাম্বোংকীতি তখেন সিং কাপে নান। অন্দ্রোগীদি মাবাওগী থাম্‌গনে। সেক্তাগীদি কাসান নিংথৌ লমসিংপুনে। খোইয়া-খুনগীদি (কৈয়া খুনকীদি) ৩ খুনকি কাবেবেংনে। য়াইস্কুল লাকপা মনা হোঙবানা লম থোবএ। লান্দি মুরাপকি থামুংনে। হাওবম ময়াম্বগী কুমদি শব ১৫৩৭ তা ইবুংঙো তাইপাম্বা পোকএ। যাম্বি হিথেনতা মৈতিংগু খাকেম্পানা মংকন খুংশয়ৈতো মোংপিচম য়াবা ফাখিএ। কবুই আসামনা ময়াং লাকএ হাযবৈএ। কবুই আসামবু লৌওনবনে[3] হায়না হাংনরে। ইপুংগু মুংয়ামপা পোনএ। মৈথু হিদাবম্বুং মঙনম্বুং মৈথু হিদাকফু চুমসং অহুইও হৌএ। হিরেনম্বুং পোকএ। মৈতিংগু খাগেম্বনা সোমসোক লোয়াম পাইনাএ।

---

১ **লৈহেন্নবা**—নবিগুবা মফম অমদা চংশুবগা অহিং লেকলক্তানা চুমিং অহুমকদা ভম্না হল্লকপা।

২ **পুথ্রনবা খোম্না**—মৈদিংগু মুংয়াম্বনা খোকচোম চহু লৌহুনা পোকপা মজাইবুংঙো।

৩ **লৌওনবা**—নত্তবা হাযবা, ওইদবা ঙাঙবা।

লান যামনা ষায়এ। লুপা লাংমৈ চিনবন্থং অচৌবগী হৌএ। মেংইবা থেম শানেংগী কুমদি শক ১৫৫৮ দা মৈদিংগু খাগেম্বনা মৈতৈ লাইবিক[1] থোকহন্দুনা তম্বা হৌএ। সনা শঙ্গাব মথোন ৫ সাইএ। থাঙবাইপন লিংএ। ফমথৌনা বাকোংহৃনা থাংজম অপাং, হিজম মোনসাং ২মা শিএ। চনম্বা খাবোংগী কুমদি শক ১৫৬৯ দা বাঙ্গোলদা ম্বুবা লাইথিম শাএ। শালেন থাদা মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বীনা লৈমাথৃবী বাএ। চিবোম লাইবেনমৈমন্থং অংখোম মযোনস্থ ২মা শিএ। শিখোং লম যেংএ। বপো মুঙ্গেংইতোংবা চম্বুব থংচীং নিংথৌদা থাজেএ। মকক লম্বী ষাংএ। লাইথিবযেংবা অতোননচিংনা মকক চঙখিএ। বাংথোনবীদগী হৌনা হুইত্রাওবী যেনা লম লোইএ। শম্ভাম ময়াংগী কুন শক ১৫৪০ ইবুংঙো মম্বাম্বা পোকএ। পোকপা কুম ইঙেন থাদা শিএ। মার্তিং নি থৌবু থেনথাইএ। ওক লমশা, তুই, ডাম্ব যেন, খুম্বু থবাই পানবা খৈপিক যাওনা শৌনিএ। হাদন খুদিংদা ঈবাংএ। থিযাম থোংডাগী কুম শক ১৫৪১ ইবংঙো শানা না যাংইস্কল লাকপা[2] শিএ। পুকম খোমএ। লান্দি নাংশোনবন্থং লৈবিবান্থং লি স্পান্থং সিনপুন্থং লেংবান্থং ষাযএ। অহম্পুপনা শা চানজুনা লাইকংবন খোইযান্থ অপোইমচা চাইবান্থং য়েনখোইবা চাইবান্থং নিংথৌজম নাইনি লে ধন শিএ মকক থোকলকএ। শাম্ম মুক্কান্থং থোকএ। মৈতৈ লৈমা চাংপোম্বী[3] শিএ। যেনখোইবা সাবাগী কুমদি শক ১৫৭২ যিহাবাই কৈং লিংএ। হৈন্মা নুংখো ডম্বী খৈথাএ। মৈতৈলৈমা তাইপোম্বী[4] ফম্বাল কাএ। নাকম ছমএ। লন্দি শাবোংবা ষাএ। কবো লাসোই শিএ। মৈতৈলমা তোম্পোকপী পোকএ। খুমুকচম লাংনৈগী কুমদি শক ১৫৪৩ দা ইবুংঙো অহনবা খো জোম্বা[5] পোকএ। ইপুংঙু

---

১ **মৈতৈ লাইবিক**—মৈদিংগু খাঙেম্বা মতমদা মৈতৈ লাইথিব যামনা ইত্রুনা পুথোকপনি। মেতৈ মযেক্তি অহুম্বা মমাঙদগী লৈরবনি। খুদমদি—মৈদিংগু কাম্বগী মতমগী নুংদা ইবা মৈতৈ মযেকী লৈরি।

২ **শানোংবা ম্বাইস্কুল লাকপা**—মৈদিংগু মুংয়াম্বনা চাংপোম্বী পাম্বহুনা পোকপা মচা ইবুঙো।

৩ **চাংপোম্বী**—মৈদিংগু মুংযাম্বগী মনাউ ইবেম্বা মৈতৈ লৈমা, লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মমা।

৪ **মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বী**—মৈদিংগু খাগেম্বগী মনাউ ইবেম্বা, খোংজোম্বা, মৈদিংগু খুলাওবা অমস্ত তোনাবা নোংপোক থোঙথেন থৌবগী মমা।

৫ **খোংজোম্বা**—লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা মৈতৈলৈমা তাইপোম্বী পাম্বহুনা পোকপা মচাইবুংঙো অহন।

থ্বাইরাকপা কপোম্বনা লম কুমএ। শজায় ৯ কাংবা শাইএ। ইপুংঙ্ ক্যাম্বা নাম্নাংএ। মৈতৈনা যুমপুম কাংয়েনা শাবম্বুং অহুইঙে হৌএ। তোনপুং ডমএ। লান্দি সামনপু কাএ। নোংশীং হকনা শীত্নুনা মুবা নিংথোগী উমংদা উলৈসং অমা হুমদোকএ। লাইনা মতোম্মা অহিং হৌথংডামএ। ঈকোপ্তা ঈথকনা থোইবি চীনথালেং শিএ। লোইতোংবা ক্যাংগী কুম শক ১৫৪৪ মৈদিংঙু খুম্বাওবা পোকএ। লৈযান ডমএ। লান্দি থাংলেনপু কায়এ। নুংখানম্বুং ডমএ। লান্দি আচেকপু কায়এ। হিয়াংথাংদা থনচেং চানৈএ। বাকচিং হীরম তৌএ। লম লম চংপাম্বুং অহুইঙে হৌএ। লাইরিংথৌ হাযনা থোনবাম্বু অহুইঙগীনে। বাংথৈবাকপম খাগীগী কুম শক ১৫৪৫ ইবেম্মা সনাখোনবী পোকএ। সনা খোনবম্বুং অহুইঙে হৌএ। মৈতৈবৈমা তাইপোম্বীনা উ হোঙএ। তাংখুন লৈহোপোক ডনএ। লান্দি থোইথাংপা কাযএ। যাংডমন অকেংগী কুম শক ১৫৪৬ তা মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বীনা লৌ হোঙএ। হিম্বুং তোংএ। পাবা থিংঙেন থিংবদা হুইতোনপম আবোক শিএ। মবিং খুতৈ কাংওই হমএ। অংচোইপাকি হেনথাম্পা শিরকএ। যাওতৌ নাহুনা লাইশংবা শিএ। মৈম্বা লম্পিংগী কুমদ শক ১৫৪৭ ইবুংঙো খোঙকেন থৌবা[1] পোকএ। মবিং যাওতৌম্বুং মাচিম্বুং ডনএ। মোর্মাতং লমনেম লাইপাই তোনপুং থাবম খুনক ৫ না খোমএ। যৈদা হঙ্কবা হতোননা উ হোঙএ। হি মৈপোংবা থোকএ। হৈম্নাম চেংবগী কুম শক ১৫৪৮ ইপুংঙু নোংথিন চাইপা পোকএ। অঙৌপাম্বা লনতাবা ফম্বাল কাএ। মবিং তংবংম্বুং মচিম্বুং যাওতৌম্বুং ডনএ। তংবংদগী যানজাও চিংএ। চোংথাম তেনবগী কুন শক ১৫৪৯ দা মবিং খুনবীম্বু কবোংথেনম্বুং লমলোংম্বুং কাংওইখুন ৪না খোমহুনা ঙাপুকন লিংএ। বাংঙু লৈতৌহুনা কৈঃ শাইএ। লাই কৌবমেম্মা নোংমৈ কাপএ। ফুবা লাইয়ম শাইএ। ফাঙোম কবোগী কুম শক ১৫৫০ স্না শঙ্গায ৯ থোনবনু শীদোকএ। শঙ্গাযরেন ওম্না শাইএ। হাওচোং পনম্বুং লিংএ। নোংমৈ অপুম্বা হুংপম্বুং অহুইঙে হৌএ। চুকিম্বুং (যোগীম্বুং) থোকললকএ। চকপরন চম্বুবু যোগীদা থাজৈএ। য়াইরিপোক্তা খুন তাহনএ। ঈশিংম্বুং চাষ্টএ। কবো সোমশোক নাহুনা খুরাই ফাথীযা শিররুএ শামুক[2] ইবোই লোকললকএ। স্না কোবলৌ লুপা লোকলৌ হাঙামএ। থিয়াম খোমমাগী

---

১ ইবুংঙো খোংকেন থৌবা—মৈদিংঙু খাগেম্বনা মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বী পামহুনা পোকপা মচা ইবুংঙো ভোনাবা, মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মপাকু।

২ শামুক—শন।

কুম শক ১৫৫১ উত্রা শঙ্গায় শাইএ। কুরা লাইয়ুম শঙ্গায়এ। লৈচেং ঙালম য়েংএ। লমলোং থুদিং লমলোইএ। নোংপোকপম পাঙনগী কুম শক ১৫৫২ পারা তুরেন তৌএ। ময়াং লৈমা হকবানথেম চম্থু সনাপোনচেম্বী চঙখিএ। শামু থমলো পোকএ। মরিং ঙম্বগীদমক লাইয়িংথৌ থাগেম্বনা অঙম্বা ৮মা অয়াম্বা য়াওনা নীংথম ফুরিৎ লৈরেন লৈচাউ শীঙনহুনা য়ু থবনৈএ। শম্থোং কংলৈ লানলোই চৎনা খোং চিংও। কংলা নৈ হৌএ। কুরা শোকএ। তুরেন অমনবা থিংএ। লাইশ্রম মাইতেককী কুম শক ১৫৫৩ লাইয়িংথৌ থাগী ঙম্বনা লমদা থা ১০ নি পানবা য়ুমশকৈশদা কংলা হৌএ। তম্মা হোঙএ। কৌক্রনচিংনা লাইখৈবিকপু কুচুদা[1] ফীজং থন্দুনা ইরোই ১০০ হামেঙ ১০০ য়াও ১০০ শন ১০০ কাঙজা ১০০ ঙাম্থু ১০০ খুম্থু ১০০ য়েন ১০০ ওক ১০০ তুই ১০০ হৈ লৈ লৈরিবা খৈবিকপু মশীং ১০০।১০০ শীং মরম খৈবিবপু মশীং ১০০।১০০ থীঙম হায়ঙনদনা থৌনিহুনা পুন্সিলৈনিএ। লাইবু খোং চিংএ। তাংখুনগী লুরাংববু হাৎনৈএ। কমথোনা শাচুং নাহুনা শাচুং ঙনএ। লান্দি লেমলৈম্ম ফায়এ। তুরেন মরিন তেংহৌএ। মরোংখোং তৌএ। ইপুংঙু খ্বাইরাকপা থাগী লন থোকএ। য়াঙরৌদম্থুং নুং য়ুংএ। হাঙরোইবম লোনচাগী কুন শক ১৫৫৪ ইবুংঙো মোনশাম্বা পোকএ। ইবেম্মা অঙোম চম্থু তাংখোম্বী শিএ। শোনশোক থোকলকএ। স্নথোঙ চেকপন শাবম্থুং অহু কুনদা শাএ। কবো লাচাইনা থাম্রন চীংদা শিরকএ। থাঙ্গা লৈতৌএ। লাইরিক য়েংবা কৈশা শিএ। হিয়াঙ্কে হি তোংএ। হৈরাংখোংজম থারোইগী কুম শক ১৫৫৫ চেকশঙ লৈপাক থোনবদা থমংজম অতোন শিএ। হি লাংমৈবাম্থুং থোকএ। থাঙ্গদা ইপুংঙু অহনবনা[2] কৈংফম শেনএ। শন হুকনা শিএ। মৈদিংঙু খাগীঙম্বনা মচা ইপুংঙু খৈপিক য়াওহুনা তাংখুন লমলানলাপাবু থোম্পীতোংতা হাৎনএ। ইবেম্মা কোইরেম্বী শিএ। ঈশিং চাউহুনা ফৌ চাহিদা লাকএ। ঙাম্থু থারানা ফৌ চায়এ। কৈথেন কাহন্দে। ইবেম্মা কোইরেম্বী পোকএ। ঈশিং য়াম্না চাউএ। ইবেম্মা খুরাইলৈমা কপোম্বী শিএ। কালেন থাদা লাইয়িংথৌ নোংশাবগী কংলা হোঙএ। য়াঙদা কাখৎপদা নাকনপম য়াংলৈ শিএ। ল্যান্দি ১০০ হাৎনৈএ। শম্থাম[3] খোমাগী কুম শক

১ কুচু—কংলাদা ( কোতং অমনবদা )০লৈবা মকম অমা।

২ ইবুংঙো অহনবা—মজাইবুংঙো খোংজোমবা

৩ মথক্তা ইথিবা শক ১৫৫৫ গী চৈথাবা হৈরাংখোংজম থারোইগা শক ১৫৫৬ কী চৈথাবা শম্থাম খোমাগা চৈথাবা অনীগী মরক্তা অতোপ্পা কৈতৈ মরেক্তা ইবা কুম্বাবা মৈদিংঙু

১৫৫৬ তা ইবুংঙো খেংক্লেনথোবা শিএ। কোম্বাদগী ফৌ পীরজনা চাবা থাম্লেএ। শামু হেন্না থোকললকএ। শামু মুক্তা চাওজনা রাইখোম হাবোক শিএ। নাহাকপ লাকপা মুক্তাম্পা ওহাঙ্গুং থামবন অকায়বচাম্বুং শিএ। নোংম্বুং কাংএ। চাক তাঙএ। অথেন ওমএ। লান ২০০ যাএ। ইপুংঙু ন্যাম্বগী মচা কোইবেম্বা না যাংএ। নিংথেম শীজা কৈ' খুদি চত্না খুননাই খৈংনকতা ফৌ যেনএ। মোইবাং তোনাগী কুম শক ১৫৫৭ তা খৌবান্দা লমশন তান্দুনা নামুন চীংদা ফাযএ। লাই কাসাদা থুংজনা খুযন খুদিংদা শা যেনএ। ইবেম্মা তা খোম্বী শিএ। ইবুংঙো নোংখোনবনা মযাংলমদা নুংনা পন শাইএ। লেমলৈ লৌদা ঙা যামনা ফাযএ। যৈদা হুক্তবা অতোন শিএ। নিংথেমনা তাউথবী লৌ উইএ। ইবুংঙো অহল খোংজোম্বনা নুপুং নাজনা লান্দি তনথাক ফাযএ। তাবাংপনগী শঙ্গায শীএ। ছিযাঙ্কে ক্লিতেংদা লাইগা নিংথেমগা হি তোংবম্বুং অজুউে হোৌএ। চাং তোন তোনবগী কুম শক ১৫৫৮ তোর্মিপ নাজনা ইবুংঙোহন্না তোনপি নিংথৌ নাংনযোন ফাযএ। খানংলদগী শামু লাংবা অনম্ব নযংদগী শামু অযোম অনম্ব থাংবন্নলকএ। ইবুংঙো অহনবনা যুম তানবা নোংযে খৌঙং নাযএ। নোংফৌ চনএ। হৃদাইনমচা অম শিএ। মৈতৈ লৈমা তাইপোঙ্বীগী মবু যাইচিং খুল্লাকপা সাইবন তোনসেন শিএ। অঙৌপান্বা তাংখুনঙম্বা[1] লমথোকএ। মৈতৈলৈনা চাংপোম্বীগী দমব ইথাযদা স্না লাইযম শাবিএ। মযাং যমক্কনদা[2] শামুক্যাং লানচাইবনা চাওজনা মাইবা হাওবমচা চিংশো শিএ। ইবুংঙো অহন খোংজোম্বনা লাইবিক তম্বা হৌএ। তম্মা যিম তাইএ। চনম্বম চিংশোংগী কুম শক ১৫৫৯ ইবুংঙো অহনদা না যাংএ। অঙৌপানবা লমদাবা শিএ। লাহ যংথৌ কাসাগী কংলাম্বুং হোঙএ। ঔবা লৈনা তৌবাংবী চওখিএ। নিংথেন খাগেম্বা থাজদা

---

নিংথৌখোম্বগী মত্তমদগীদা ইবা পুহাবদা শক ১৫৫৫ দা হকবান খাম্নাংনা চৈথাংদা হাযনা ই। লাইরিক অহুদ, অশুমনা ই—"হকবান খাংনাংগী পুমতৌ শক ১৫৫৫ তা থাকি থোকলকএ। ইপেম্মা কোইবেম্বী পোকএ। ইংপম্বা থুবাই লৈমা কাপোমগী শিএ। কালেন থাজা লাংলংথৌ নোংলাপাকি কংলা হৌএ। যাও হকথংপাতা নাকনপা যাংলৈ শিএ। লানতি ১০ চাংএ।"

১ **অঙৌপানবা তাংখুন ঙম্বা**—খোকথৈ লায়বনা খুযোবা চচ পাযজনা তাংখুনঙম্বা শাংদোন কাবা পোকই। —"লংমাইথেম লোন"

২ **মযাং যুমফম**—খুমন নিংথৌ খিজোল হনবনা পাঙলগা লান শোয়গে হাযজনা খুগা তুথেন মতুংইন্না চংথিবদা পাঙলশিংগা থেংনদ্রিজেদ, মযাং কাদিংদা নিংথৌ কানাংপাগা লাল

থৈএ। মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বী থৈথৈএ। কবোদগী শামু ৩ থোকলকএ। মৈপোপপু উয়িন্না কোব খাক্তুনা থমএ। মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বী কম্বাল কায়এ। মৈশুবম ময়ামগী কুম শক ১৫৬০ মৈতৈ লৈমা তখেল্লী লুহোংএ। ইহারাইদা লম য়েংএ। অঙৌপানবা তাংখুনতম্বা লমথোকএ। শবাংথেম ভাইখোংগী কুম শক ১৫৬১ মৈদিংঙু খুক্তাওবা না য়াংএ। ইবুংঙোহন খোংজোম্বা লমথোকএ। মোইবুং লোকপম শামাগী কুম শক ১৫৬২ য়িমজাউ শাবগী চৎলম চিংচিনপদা অপুক্কম লুরাং শিএ। মৈতৈ লৈমা তোমপোকপী লুহোংএ। লাম্দি তাংখুন লমলাই হাৎনৈএ। ইবুংঙোহল খোংজোম্বনা মুংতেক নাক্তুনা কবো খাত্রন নোংমৈ শূবা অমা শিএ। ময়োন হুনএ। লাম্দি লৌতোংপু কায়এ। অহল্লুপনা[১] শা চাদৈএ। নোংমৈপুং কানাবা হামেঙ চঙনা মাঙএ। খুমুকচম সেবনগী কুম শক ১৫৬৩ অহল্লুপনা হামকৌ নাথএ। ইবুংঙোহন খোংজোম্বনা হামকৌ নাবা চৎহন্দে হায়ত্তুনা নাহারুপতা থৈএ। তাংখুন মোম্বৌ খোমএ। চৈবোই লোকএ। মুংতেক নাথএ। লাম্দি লৌবেংবু কাথএ। লমদা খাদা শামু থোবোই পোকএ। অহল্লুপকা নাহারুপকা হিয়াঙ তান্নবদা[২] য়ৌনৈএ। নোংমুং কাংএ। সনাশাবম চম্প চিংক্ত- বোইবী চঙখিএ। শামু পাংকুবাম্ব থোকএ। লাইশুবম চিংশোংগী কুম শক ১৫৬৪ দা ইবেম্মা য়াওশোম্বী পোকএ। ইবুংঙোহন খোংজোম্বগী শাম্ম পোক্লোংলাই ময়াংদগী পুথোকলকএ। মৈতৈ লৈমা তোম্পোকপীগী হিদোংনবা মকুই লান- লোইরমদা ইবুংঙোহন খোংজোম্বসু লাইবিকয়েংবা নোংশমৈস্নু পাওবম তেংকোনম্ন খুম্লাই য়াওনা হিদোংএ। লাম্দি ময়োন লান থামনা হাৎনৈএ। মৈদিংঙু খাগী ঙম্বনা কবুই লমদা লময়েংএ। নৌউগী হিযান থোকএ। মুতুম কদিগী কুম শক ১৫৬৫ মৈতৈ লৈমা তোমপোকপীবু ময়াম্বী কৌনা উ হোঙএ। ইবুংঙো য়াইখুল লাকপা সনা হিহোন[৩] পোকএ। মৈতৈ লৈমা তোমপোকপীস্ন

খোনবদা ঙমক্তুনা লানফা ওইনা পুবকপা মযাশিং অচু খুমন কোম্নদা মুমকম পীক্তুনা মুম শাক্তুনা তাহনখি। মযাশিংগী মুমকমনি হাযক্তুনা মকম অদু মযাং মুকম কৌরমী। হৌজিক্তি মযা মুক্তমদগী থৈথবক্ত্না ময়া ইস্কাল হাযনা খঙনরে।

—১। খুমন কংলেরোন ২। মৈত্রবাকী হারী ৩। লম্বিৎ লোন।

১ অহল্লুপ—অহল্লুপ পানা।

২ হিয়াঙ তান্নবা—হি য়াঙবা তান্নবগী কুমৈ, মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা কুমৈশিংগী মচংদা অমনি।

৩ সনাহিহোন—লাইরিংথৌ খাগেম্বা মজা ইবুংঙো তোনাবা নোংপোক খোংখেন

ইবেম্মা তখেন চাইবীস্নুং মেরা থাদা শিএ। থিয়াম পনশাগী কুম শক ১৫৬৬ খুরাই লৈমা চিংশোম্বী লুহোংএ। চিংভাদা কৈ ৩ ফায়এ। সাইখোম কবোম্বা শিএ। মৈতৈ লৈমা ময়াম্বীনা[1] লৌ হোডএ। মংসাভাবম খম্বগী কুম শক ১৫৬৭ ইবেম্মা কবোম্বী লুহোংএ। চোথে লম য়েংএ। মৈদিংঙু খাগেম্বনা চরাই লৌবুক্তা মরাম লান য়ামনা ফায়এ। অচোইবা কোংয়াংনা লান শেমএ। অচোইবা লোয়শঙ লিংএ। মোইমিংকী লান্দি কাংপুৎনে। উগী লান্দি য়াংলেনপুনে। হুকচাওনচিংনা অয়াম্বদি শুম্‌দা থাইএ। মরাম নিংথৌ চরাই কাপোংদি হৈনৌ-পোক্তা হাৎনৈএ। তাংখুনগী মরাংপুদি বাকচিংদা হাৎনৈএ। নিংথেম পাইখোম্বা[2] পোকএ। লাইরিক য়েংবা নোংশমৈ[3] শিএ। থৌদাবম অতোনগী কুম শক ১৫৬৮ ইবুংঙোহন খোংজোম্বনা চোথে লম য়েংএ। মৈতৈ লৈমা সেরেম্বী পোকএ। পোযম্নু থাদা ইবেম্মা স্নাশাবী পোকএ। মোইস্কে নাহুনা হাওবম অতোন শিএ। লুকংশা লম লৌএ। চিংবাদা য়োং য়ামনা ফায়এ। মৈতৈলৈমা তোমপোকপী মপা থাঙদৈক্তাম্বা অহল্লুপ শঙলেন লাকপা শিএ। য়েনখোইবম মুরাগী কুম শক ১৫৬৯ ইবুংঙো তোনাবা না য়াংএ। ইবুংঙো য়াইচিং খুল্লাকপা ওম্মা পোকএ। পোয়ম্নু থাদা ১রক হম্মা মোইস্কে নায়এ। লান্দি লিনথাক ফায়এ। শাইবেম থারোই শিএ। মুংয়োংস্নুং ক্যাংস্নুং চনএ। স্না ক্যাং লাইশাবা লোকএ। নিংথৌ চম খাবাগী কুম শক ১৫৭০ মৈতৈ লৈমা পোংলেন খোম্বী পোকএ। ওরা লান কারকএ। ইবুংঙো মু্‌য়াম্বনচিংহুনা ওরা লান নাকবদা লান চনলকএ। সাংখুম্নং হিদিক্তাম্নুং লোকএ। সোমসোক লাইবারগা ময়াং নাইম্নবীগা লমচেন নাহল্লে। স্নপীনা থোইএ। মৈদিংঙু খাগেম্বনা কোংবা কৈংনৌ লিংএ। নো পোক্তা[4] অপানবীগা চাংখৈদা লুহোংএ। খুদোপ শিনলান নায়এ। মোংপোকপম থরোইগী কুম শক ১৫৭১ দা কাওরেন ওম্বা লৈনায়এ। ইবুংঙো ঙংতৈ পোকএ। ইবুংঙো মোনশাম্বা শিএ। লাইগী থোং শাইএ। কংলাগী য়াঙদা মোইমিং য়ৈবম্নুং অতুঙৈ হৌএ। খুরায়লৈমা সেবেম্বী পোকএ। সোমসোক তাকএ। লোয়াম পাইহুনা

---

থৌবনা নোংসোম চক্ত পিথেংলৈমা ভাঙজখোম্বী পাবহুনা পোকপা মচা ইবুংঙোনি। মণিপুরদা খৃঃ ১৬৬৮ ডগী খৃঃ ১৬৯৭ ফাওবা পানথিবা মৈদিংঙু পাইখোম্বগী ময়াম্নুনি।

১ **ময়াম্বী**—মৈতৈ লৈমা তোম্পোকপী।

২ **নিংথেম পাইখোম্বা**—য়াইস্কুল লাকপা সনা হিহোনবগী মনাও নিপা যামবা।

৩ **নোংশমৈ**—লাইযিকয়েংবা অপংসিং।

৪ **নোংপোক্তা**—লাইমিংথৌ নোংপোক নিংথৌ।

সনচেনথোং ময়িমগী চিংশোং শিএ। ইবেম্মা চিংপান লৈমা লুহোংএ। পোয়ম্পু য়াকচিং ফাইরেন থা ৩ দা য়োংবা তোংবা শামুথোক্তা হিয়াং চিংহুনা হিয়াম থোকএ। য়াংথৈরাকপম থোংনামগী কুম শক ১৫৭২ শজিবু থাদা শঙ্কাইরেন হৌ-এ। থৌরান থাদা ইবুংহোহন থোংজোম্বা[১] শিএ। লাংবন থাদা পোৎলোইএ। লাংদেম মরাম্বগী কুম শক ১৫৭৩ ইংঙা থাদা ইবেম্মা সনাবী লাই থোক্ত্না শিএ। থৌরান থাদা য়ুমনাম তোনবা শিএ। ফাইরেন থাদা ঔয়া লান কায়কএ। কৈদা হিদং মোননাই শিএ। শাইরোম মিৎসংগী কুন শক ১৫৭৪ ইংঙেন থা লংমাইচিংদা মৈদিংঙু থাগেম্বা শিএ। কম্বান্দা চহী ৫৫ নে। শুপ্পা পুজিদি চহী ৭৬ নে।

৪৭

## মৈদিঙু খুঙ্গাওবা

থৌরান থা থাংজা মুমিংতা মৈদিংঙু খুঙ্গাওবা[২] চহী ৩২ দা ফম্বাল কাযএ। লাংবন থাদা মহৌ নায়এ। য়াঙ্গোই[৩] লানবদা মাউংমচা সঙ্গাই শিএ। সাম্ মরাম্বগা তোংহুনা লানমিয়েএ। মহৌ ভমএ। লান্দি লেংচোং ফাএ। মেরা থাদা ময়াংথাং নায়এ। ভম্মে। লান্দি লাইজা ইংঙৌরোম্বী খেলেকপুংস্মুং চরাংচোংস্মুং ফায়এ। য়াকচিং থাদা ইবুংঙো নোংথোনবা লম থোকএ। লমদা থাদা কারৌ নায়এ। মেম্মু থোং চৎহৈদহুনা লফুনা উচাম শাহুনা লান্নাএ। কারৌ ভমএ। লান্দি কৈদোংবাং ফায়এ। থাঙশাবা হনবা মানশৈগা অহৈবা হনবা মুরা থারিশাগা ২মনা অহোঙ্গৈদা লমথম্বা তানা থুংলৈএ। থৌকানাউচন তখেনগী কুম শক ১৫৭৫ দা শজিবু থাদা ইবেম্মা য়াংঙশোম্বী লুহোংএ। লাংবন থাদা ইতোক নাবা চৎএ। ভমএ। লান্দি খারাবাংস্মু চিংহাওপুংস্মুং থোংশানবস্মুং কোম্হেস্মুং সবাংলাংমৈবস্মুং ৫ মরুচিংনা লান ৩০ ফায়এ। মখানস্মুং নায়এ। লান্দি

---

১ থোংজোম্বা—মৈদিংঙু থাগেম্বনা মৈতৈলম। তাইপোম্বী পায়হুনা পোকপা লৈপাং-হিদেন তাবা ইবুংঙো অহনবা।

২ খুঙ্গাওবা—লাইহিংথৌ থাগেম্বনা মৈতৈলেমা তাইপোম্বী পায়হুনা লৈপাংহিদেন তাবা থোংজোম্বনে লাইহিংথৌ খুঙ্গাওবনে ইবুংঙো তোনাবা নোংপোক থোঙ্বেন থৌবগা ৩মক পোকই। মৈদিংঙু থাগেম্বনা নোংগাম্বদা মজা ইবুংঙো খুঙ্গাওবনা নিংথৌ ওইখি। মৈদিংঙু খুঙ্গাওবা লোইনাইদে (থারা থমনদে)।

৩ য়াঙ্গোই—বিষ্ণুপুর জিলাদা লৈবা তুরেন অমনি। তুরেন অসিগা নম্বুল তুরেনগা য়াঙ্গোই কারোংদা তিনরগা লোকাক্তা তাই।

আচোংঙাম্বুং মাইচম্বাম্বুং চামাইঙাংম্বুং ৩ মানচিংনা লান ৬০ ফায়এ। বাকচিং থাদা নিংথেম হিদোংএ। লনম্বুং থোকএ। ইবুংঙো নোংথোনবনা লম খুমএ। লমদা থাদা সোমসোক লৌয়াম পাইএ। থোমমা শাঙম্বা শিএ। শামুক ইরোই লোকলকএ। ইঙ্গুন্দা শনকোন লিংএ। হাওরোইবম মুবগী কুম শক ১৫৭৬ তা শান্তিক্ষু থাদা লাই কাসাগী কৃবা য়িমথম থোনএ। মৈতৈ লৈমা অথেম্বীগা থুরাই লৈমা ম্নাথোনবীগা কোং নাবা চংএ। কোং ডমএ। লান্দি জুপী ৪ নিপা ১ লান ৫ ফায়এ। থৃংলাং ডমএ। পোংলেনবা ফায়এ। কালেন থাদা হুংশাইম্বুং রাইনেনম্বুং থোমএ। শংগোল মরাই তাইএ[১] ইংডা থাদা অঙম্বা খৈবিক বাকোংএ[২]। থমংজম থোইবি, সাইবেম কবোম্বা, নাইনিং বোইচোম্বম্বুং থোম্মা ছমাইরোইম্বুং ৭মা শিএ। অঙম্বা খৈবিকম্বুং পন্দা থাইএ। মেরা থাদা ঙৈরা লৈমা লুক্রাম চম্বু নিংপেইঙম্বী চঙখিএ। মবোংম্বুং তুবেংম্বুং মাইচনম্বুং ডমএ। পোয়ম্বু থাদা নাহাকপ লাকপা ভকোইচাম্বা শামুরোকনচিংনা অনান নায়এ। নোংমৈনা নিপা অমা শিএ। ফেন হাকনা তাইএ। ফাইবেন থাদা শাবোন নায়এ। ল্যান্দি লৌতোংবুন-চিংনা লান ৫০ ফায়এ। ইবেম্মা কবোম্বী শিএ। থৌক্রাইচন ময়াম্পাকী কুন শক ১৫৭৭ শাচিফোয় থাদা কোংবা কৈনৌ লিংএ। পোয়ম্বু থাদা ইবুংঙো শাংঙ্গা[৩] মত মচা হুপনা পেঙ্গীদা শিএ। ইবুংঙো নোংথোনবম্বুং য়িহাবাইদা থাইএ। পাওনম তেঙ্গোল অহম্মুপ লাকপম্বুং নাউসেমচাম্বুং হিয়াংলোই হঞ্জবম্বুং হিজম চাখাম্বুং ইবুংঙো কবোম্বম্বু[৪] থাওদৈজম শামুবোকপম্বুং ৭মা শিএ। বাকচিং থাদা যিহাম্নইগী পন শাইএ। অচোইবা হঙ্কবা শঙলেন চিংশোংবু মচা কোইবেম্বনা হাংনয়ে। লমদা থাদা কাবোং, ডাইখোং, শারং, মুংপঙ, বাকচিং লেংখু, লেংলেং, শিখোং, কামু, অঙ্গো, ম্নাইবিপোক অসি খৈবিকপু ইতোকনা তাংখুন চাংশাং হুপনা নেক্কুনা শোক্কবৈএ। মী হাকনা শিএ। ইবুংঙো তাংখোম্বম্বু[৫] পোকএ। হৈম্নাম খারাগী কুম শক ১৫৭৮ কালেন থাদা মৈতৈলম

১ **মরাইতাবা**—লায়না লাইচৎ অমা চৎপা, অনা অশেক তৌবা।

২ **বাকোংবা**—জরি তৌবা।

৩ **ইবুংঙো শাংঙ্গা**—মৈদিংঙু খাগেম্বনা কোংবম চঙ পাম্বুনা পোকপা মচা ইবুংঙো।

৪ **ইবুংঙো কবোম্বা**—লাইফিংথৌ খাগেম্বগী মচা তোনাবা নোংপোক থোংফেন থৌবনা শোইবম চঙদা পোকপা মচানিপা।

৫ **ইবুংঙো তাংখোম্বা**—মৈদিংঙু খাগেম্বগী মচা তোনাবা নোংপোক থোংফেন থৌবনা শোইবম চঙ পাম্বুনা পোকপা মচা ইবুংঙো।

অখেম্বীগী মপা থাঙশাবা হুজবা মানশৈ শিএ। ইংঙেন থাদা মোংবিজমচা পুথ্রনবা থোইয়া শিএ। লাংবন থাদা পোংলোইএ। মৈদিংঙু খুম্বাওবনা হি তোংএ। লমন্থং খুমএ। ইবুংঙো খ্বাইরাকপা মুংয়াম্বা[1] লম থোকএ। নোংপোকপম চিংশোংগী কুম শক ১৫৭৯ দা কবো মংশা তাকএ। খুৎলাইস্থং, তোনশেনস্থং মহৌস্থং ঙমএ। লমদা থাদা লাংদে ঙনএ। লান্দি খোম্মারেংবা ফায়এ। ইবুংঙো লাংদে ঙম্বা[2] পোকএ। চনম্বম মুবগী কুম শক ১৫৮০ মেবা থাদা ইবুংঙো মুংয়াম্নচিংবা অ তাংখুন নাএ, ঙমএ। লান্দি তুবাসেক ফায়এ। আওচুই ফায়এ। লাইগী থোঙস্থং মেবা শঙ্খবা কুমৈ য়েংবনা হাকমপ্পতুনা তেকখরে। ফাইরেন থাদা মৈতৈ লৈমা অখেম্বীগী শামু কোম্মতাবু থোম্মত্রাম তাদিনা ওকপা থুংলৈএ। থা অতুদা মৈদিংঙু খুম্বাওবনা ১রক হুন্না অরাং অতাং খুন নাতুনা ঙমলকএ। লাংদেম সনাম্বগী কুম শক ১৫৮১ কালেন থাদা যুমজাও হোঙএ। হিয়াঙ্গ থাদা শোমসোক নায়এ। পোয়ম্নু রাকচিং থা ওমা থেঙেঙ। অকন অথোবা খন্দুনা তেঙ্গোন্দা মতু মতু পীনৈএ। নিংথেমস্থং লাইরেন লাকপী চেন্নৈএ। শামু মরাম্বস্থং মাঙ্গৎ মচা শঙ্গাইস্থং লাংপোকলাকপম লুসোংস্থং অহৈবা হিদংস্থং লৌরোএ। ফাইরেন থাদা চেন্নরকএ। লনদা থাদা চবোইবন শাইএ। মংশামকৈগী চুঙখ্বস্থং ক্যামকৈ শঙবাস্থং ২ মাবু ইবুংঙো খ্বাইরাকপগী ফারেন হৌবা চংএ হায়দুনা হাৎনৈএ। শাইরেম মানশৈগী কুম শক ১৫৮২ শজিবু কালেন থা ২মক্তা লাংদে পুংচাও থোনএ। ইংগা থাদা খিংবাইজন তখেন, হৈরাম তেঙ্গোন, মযাংলম্বম খৈদেক ৩মা লঙজনা শিএ। নাউসোমচা ক্যাম্বস্থং কোন্দোং থাইএ। কৈক্রনবীস্থং নানক্কৌ ওকক্রনবীস্থং ২মা নাতোন লেন্দুনা থাদোকএ। পোয়ম্ন রাকচিং থা ২ মক্তা মথোঙগী চেকপন লাংখোং কোয়না তৌএ। ফাইরেন থাদা ময়াং অকোবশা খুন পাম্বা ময়াং নিংথৌ মনিকক্লাগী মচা রানতাওনচিংনা য়ুম্নাক ৬মা থোবকএ। শন হাকনা শিএ। লমদা থাদা পাইক্লরা মচা ক্যাংনে, থোইরি খুনচাউবা মচিন মনাউনে তেঙ্গোম্না ইন লাকপিনে। ৫মা লঙজহুনা শিএ। অতুদা ঙাপুকম পন শাইএ। লাইতোঙম থরোইস্থং রাকোংএ। হাওবম কৈশাগী কুম শক ১৫৮৩ শজিফু থাদা লেমলৈরোদা ঙা থিএ। হিশং চেননৈএ। ইংঙা থাগী নিঙ্গাংদা

---

১ খ্বাইরাকপা মুংয়াম্বা—খুবাইরাকপা চিংশোবগী কৈ।

২ ইবুংঙো লাংদে ঙম্বা—মৈদিংঙু থাগেম্বগী মচা ইবুংঙো ভোনাবা নোংপোক থোঙজেন থোবনা শোইবম চম্ন পায়দুনা লাংদে ঙম্বা পোকই।

ঙাসিং ঙাযাম কাযএ। কোম্বা যৌএ। ইংঙেন থাদা সনা খোনবা কৈন্যাসুং লাইতোক্সম চম্নু থাবোইনুং ২মা লঙজম্না শিএ। মেরা থাদা মৈতৈরৈমা মোংখোং-ঙম্বী শিএ। শামু মথক্তা খুমেন লৈকোযনা পোংলোইএ। ত্রিযাদৈ থাদা নাগা খিংঙেন পালোইএ। ঈশিং যামনা চাউএ। লৈমা থারোইনুং থাবম চমুসুং মোংবী সুবাম্নুং শোইবম চমুসুং চিংশোং লাইতোক্সম চম্নুং মোনতিংম্বু খোইবি হুমাইবোইম্নুং ৬মা বাকোংএ। শম্বিনবা য়াওম্নুং লংমাইথেম লাংমৈম্নুং মনাও মুংযাংম্বু' যুমনাম বোইবুং লোকপা ৪মা কোন্দোং থাইএ। পোযম্নু থাদা শাংকুম্নুং মংকনম্নুং খোবক্তকএ। খুন্দ্রাকপম স্নাযান, লৈমজম মাইমু, মুত্তমচা চীংসোংখোং তৌবা ৩মা মংবন চঙহনএ। লন্দা থাদা চিংশোং লাইতোম্ভাম্বস্নুং মোম্ভিংম্বু 'ওখাএ'[1] চঙহনএ। খোক্রাইক্তম যুমলাম্বী কুম শক ১৫৮৪ দা কালেন থাদা তেথাও চঙবা হন্নকএ। পোযম্নু থাদা মেম্নুখোংগী খোংজিন্দা তুবেন থিংএ। যুমজাও ননাক্তা লৈখোনএ। রাবচিং থাদা বামোন থেংগুরাম্নুং খোমজাম মতোনম্নুং খাইদেম বোংযাম্বম্নু, হৈবাংখো জম কোংঙযাম্বম্নুং ৪মা লঙজম্না শিএ। কাইবেন থাদা খুমাইথাকপা ঙথৌবা মুংযাম্বা শিএ। তাঙলমএ[2]। চোংথাম আপাং শিএ। খুন্দ্রাকপম স্নাযানম্নু, লৈমজম মাইমুম্নু চিংসোংখোংতৌবাম্নুং ৩মা মঙল চঙলুবা থু লৈএ। ওখেন লাইবাবম্নু, শাম ১ নূপী ১ পুত্থনা খোকলকএ। লমদা থাদা শমু মঙাকম্নুং নিংথেমম্নুবীম্নুং ময়া লাইপাখাবাম্নু, ইবোম চম্নু লমওকম্নুং কৈদা ওখেনম্নু লৈক্রাকপম মোইবাম্বম্নুং চোংথাম খিংলাম্নুং ৫মা ওখেন চঙখিএ। লাইশ্রম আতোনগী কুম শক ১৫৮৫ পোযম্নু থাদা শঙাইপ্রেম্বী মৈচৈকপাবু মীনা হাত্থনা শিএ। লৈদাংক পুম্নমক খংনাএ। লোইতোংবম কাবুইগী কুম শক ১৫৮৬ লাংবন মেবা থা ২মক্তা খোবানপিচাক মমৈ নাইবা খোকএ। খোল্লাং নম্ভনা মী যামনা শিএ। শনথিনবা যাওম্নু, হাওবম কৈশা, থাংজম তাবি, খোইসনম্ মবিং, নোংথোম্বন খোম্মা চিংখ্বাম লিকলাই, লমলৈবাকপা থিশাবা তোনলোকশং ৮ মানচি না তুপনা মী ৬৫ শিএ। হাবোইবম অথিংবী কুম শক ১৫৮৭ তা কালেন থাদা মৈথিংঙু খুজাওবনা উ হোঙএ। লান্দি হুইনিংবী পানসন অথৌবা লান ১০০ কাবনু পাওসম্না নোং হাংনৈএ। ইবেম্মা খবোইঙম্বী শিএ। লাংবন থাদা চিংঙাদগী হৌনা থাম্বাইপন[3] যৌনা লাংখোং মখিন তৌএ। কাইবেন লমদা থা ২

১ তেথাও—থাপাব।
২ তাঙলবা—চাক্তাঙবা।
৩ থাম্বাইপন—থাঙমৈবন্দ।

মক্তা থ্বাইরম্বনগী লাংখোং কোয়না তৌএ। পনম্মুং শাইএ। ভাংলোম লমচাগী কুম শক ১৫৮৮ দা ইংঙা থা ৩ নি শগোলশেন্দা মৈতৈ লৈমা তখেম্বী থৈথৈএ। চিবোম থারোইম্বুং মুংপা হাংলৈপাম্বুং চিরোম ওম্মাম্বুং ৫মা রাকোংএ। ইংঙেন থা ৫ নি নিংথৌকাবদা শীজ যাওসোম্বীম্বুং শামু পিশিন্দ্রাইম্বুং লাইয়িংথৌ নোংশাবদা[1] কৎএ। লাংবন থা ৮ নি নিংথৌকাবদা চিরোম ওম্মাম্বুং চিরোম থারোইম্বুং তারাম কৈসঙপা পুকচাউম্বুং সাইরেম কৈসাম্বুং ৫মা শিএ। হিয়াঙ্গৈ থা ২৭ নি লৈপাকপোকপদা মৈঙেঙ্ঙ্ খুজাওবা কম্বাল্দা চাহি ১৪, মূপনা পুক্সিদি চহী ৪৫ দা শিএ। পোযম্ন থানিননোং থাংজদা থা শানা[2] কৎএ।

## ৪৮
## মৈদিংঙু পাইখোম্বা

য়াকঙিং থা ৫ নি ঈবাইদা মৈদিংঙু পাইখোম্বা[3] কম্বাল কাযএ। লোই-তোংবম চাউবগী কুম শক ১৫৮৯ থৌরান থা থাঙজদা নিংথেম পাইখোম্বা না য়াৎএ। হিয়াংগৈ থাদা ছি তোংএ। কৈগা লানগা পুনএ। য়াকচিং থাদা ইবুংঙো য়াইস্কুল্লাকপা লনহাম্বা লম থোকএ। লমদা থা থানিন নোং[4] লংমাইচিংগী অহিংদা মৈতৈ লৈমা সেবেম্বী রাকোংএ। ১৯ নি শগোলশেন্দা অমু নাকনবম্বুং মাতোন লাইওবীম্বুং কাংপোকপীদা যাননৈএ। অঙোমচা নাযান লাকপা ক্যাম্বম্বুং বোংতৈম্বুং খেম্বেম্বুং লাংথা ভম্বম্বুং মচিনমনাউ ৫মা পেঙ্গিদা শিএ। কৈশাম লাংশৈগী কুম শক ১৫৯০ দা শজিবু থা ৪ নি ঈবাইদা হাওবম চন্দ্র পোংলেন খোম্বী

১ নোংশাবা—মৈতৈ নিংথৌগী সনা কোজদা লাই নোংশাবগী লাইশঙ শাহনা লাৎলি। সেবাদি লাইথংবমনা তৌই। সনা কোজদা মুমণকৈথা মুমণকৈদদা লাইথংবমনা লূক থৌরগ, লাই নোংশাবদা চাক কৎলি। কুমা হায়না থওবা মাইবী কাওপ অহুনা লাই নোংশাবগী সেবা তৌই।

২ থা শানা কৎবা—চন্দ্রগ্রহণ তৌবা।

৩ মৈদিংঙু পাইখোম্বা—লাইয়িংথৌ থাগেম্বী মজা ইবুংঙো তোনাবা নোংপোক থোংকেন থৌবনা নাউশম চন্দ্রথদা শিথেৎ লৈমা তাংজাথোবী শাম্নুনা ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপা সনা হিহোনহন্নে, লাইয়িংথৌ পাইখোম্বনে ইবুংঙো তোনসেন ওবনে মজাইবুংঙো অহম পোকই। মৈদিংঙু পাইখোম্বনা মৈতৈ লৈমা হাওবম চন্দ্র পোংলেন খোম্বী পাৱৈ, ঐ তাসে লাহিহোনহনম্বুং ঐ তাসে।

৪ থানিন নোং—১৫ নি পানবা মাকৈ, পূর্ণিমা থুমিৎ।

ফম্বাল ফায়এ। কালেন থাদা অহল্লুপ লোয়শঙ, নাহারুপ লোয়শঙ, অচোইবা লোয়শঙ ওম্না হোঙএ। লাংবন থাদা হাওবম চন্থু মৈতৈ লৈমা খাকী কৈথেন থানবী মপা খ্বাইরাকপা না য়াৎএ। রাকচিং থাদা ভুংকোম নায়এ। লান্দি বাকচিংতোং ফায়এ। কুয়োং থাঙ য়ৈনবকএ। লান য়ামনা ফায়এ। অচানবনা শা চানৈএ। ফুরিৎ খোংনাংশাবা শীংনত্তুনা য়ু থকনৈএ। লমদা থাদা লুরাংচিং লম য়েংএ। শন্থাম শরাগী কুম শক ১৫৯১ পোয়ন্থু থা ৩ নি লংমাইচিংদা ইরোমচা খোইলোই শিএ। ভোনসেন নায়এ। লান্দি পোংলেপপু ফায়এ। কৈশাম শোংলাই, লৈলাংথেম শঙ্গাই, গুগ্রু লাংমাইথেম্বা ওম্না শিএ। রাকচিং থাদা মৈদিংঙু পাইখোম্বা লম থোকএ। য়াইস্কুল লাকপা লনহাম্বা লমথুমএ। লমদা থাদা ইবেম্মা ম্নাখোম্বী শিএ। নিংথেম কৈরাখোং থৈএ। খোঙ্গাউজম লমথুমগী কুমদি শক ১৫৯২ শজিবু থাদা চোথে লম য়েংগে হায়না নিংথেমনা শানখিঙৈদা[1] চিংঙাদগী শজি অমা চেনখোক্লকএ। লাইরেম্বম তেজোম্না কাহুনা নিংথেমদা কংএ। কালেন থাদা ময়াংলৈমগী মমল শন হুলাই অমনা চিংনা থোক্লকএ। মনানা মমন য়ানদে হায়দুনা অমবক লংচিনখিএ। শামু অমনচিংনা থোকলকএ। শন হাক্লা শিএ। থৈরান থা থাশি ঈরাইদা অঙৌপাম্বা মরাম ওম্বা[2] শিএ। লংবন থাদা নিংথেম চবাইরোংবা মপা রোমনা না য়াৎএ। নাহারুপ লোয়শঙদা খম্বা নেংমৈবু শরোংখাইবম থেংগাংবা কৈশাম তোনবগা ২ মক্লা হুত্তুনা কাংপোক-পীদা য়াংনৈএ ভাঙলনত্তুনা থাক্লদা থৌ থাইএ। য়াইন্নিবোক কৈশঙবনা শামু চেংগী হুত্তুনা শনগা শগোলগা নাইগা ২২ শাহনএ[3]। রাকচিং থাদা সনায়ানদা খুম্নাই হুপনা হিয়াম থোকএ। উজংদা থা ৯ লৈএ। ২০ নি নিংথৌকাবদা মৈদিংঙু পাইখোম্বা হিয়াং য়ানবা শানলে। লমদা থাদা হিয়াম থোকএ। মী শিএ। মৈতৈ লৈমা পোংলেন খোম্বীনা নাকপপদা ৩ নি ফাইত্তুনা খুম্নাই হুপনা চাক থাডেও। অঙৌপাম্বা কম্বোংফাবা ফম্বান কায়এ। হৈস্নাম তেনবগী কুম শক ১৫৯৩ শজিবু থাদা কবোদগী লোং শগোল মানবা থোক্লকএ। মংকন চেক শাবা মচিন মনাউস্নুং কোনোক তানয়ৈবস্নুং শগোল মঙ্গন শাস্নুং থোকলকএ। কালেন থা ১০ নি শগোলশেন্দা মৈতৈ লৈমা পোংলেন খোম্বী লুহোংএ। ইঙা থা ১৭ নি থাঙজদা ময়াংলৈমা কৈশাম চন্থু তাংখোম্বী চঙখিএ। থৌবান থাদা

১ শানখিঙৈদা—চংখিঙৈদা।

২ অঙৌপাম্বা মরাম ওম্বা—অঙোম নিংথৌ লনহাংঙবগী মচা।

৩ শাহনএ—কোংহনএ, জন্নি তৌএ।

লংমাইজিং লৈকিঙ্গেএ। মেরা থাদা নাউসোমচা পুখ্রনবনচিংনা ঙৌবা শনলান্দা কৈ ৩ কায়এ। অমদি ভমথোকখিএ। হিযাঙ্গৈ থা ১০ নি নিংথৌকাবদা চান্দমচা অরিকথুবা শিএ। পোয়ল্লু থাদা কোনশবা হিদং লুবাংবু মোইহুদা কৈশভবনা লাইম্লিংথৌ হুনবদা হাংনৈএ। ইবেম্মা নাউশোম ঙবী পোকএ। বাকচিং থাদা থানপোক নায়এ। লান ১২ কায়এ। ষুকনপাকি লিকমাপমচা ১ শিএ। ১০নি নিংথৌকাবদা নিংথেম শীজা লংমাইচিংদা লাইথুক্লয়া কাযএ। থৌখাপন থবোইঙ্গী কুম শক ১৫৯৪ লাংবন থাদা থারম হাঙদা উচি অচৌবা থোকএ। বায়হুন চাউএ হাযনাএ। ফৌ য়ামনা চিকথেকএ। বাকচিং থা ৩নি লংমাইচিংদা ফুবা হৌএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা থুরাইলৈমা লনহাম্বী পোকএ। যাইরেন থাদা লাইচাউ থোকএ। ইপুংডু মচা মন্নাম্পান্নং কবোম্বম্বং থুবাইলৈমা সেবেমভম্বীম্বং লাই থোক্লুনা শিএ। লনদা থাদা শেক্তাগী ঙকলকভা কৈ অমা কায়এ। থুমুকচম মোনচাগী কুম শক ১৫৯৫ ইংডা থা ৫নি থাংজদা নিংথেম চবাইয়োংবা পোকএ। ইঙেন থাদা মৈতৈ লৈমা তথেম্বী শিএ। থবান থাদা শভাইব্রোদা কৈ ১ যাযএ। শৌবোন বাদম্বং কৈ অমা বাযএ। ভম্পাকনাই লাইতোক্লাম্বা কৈনা চিক্লুনা শিএ। লাংবন থাদা লাংলোংগী লোই অচেপ থুনগ, ১০মা ভাংলমত্তনা[1] চেল্লকএ। মেরা থা ১০ নি থাংজদা শামু ভানবা চংএ। ফদবে। ভন্না মোইঙ্গে নাবা চংলে। লান ১০ কায়এ। মমিং তাভবা মশেঙ্গে। কাইবমথেন্দা লাইনা সেকপিন অভৌবা থানলৌএ। হাওবোইবম ভোরাগী কুম শক ১৫৯৬ শজিবু থাদা লাই পুথিবগী পুখ্রিম্বং লাংথোংম্বং কোয়না তৌএ। পোংশংবনা থামেন চম্ম। হুই হায়হুনা কালেন থাদা হাংনৈএ। ইডা থাদি থাংজনা হুনএ। ১০নি নিংথৌকাবদা মোইবাং মুবনা ময়াং শা ঙকপা চংলে। ২৫নি লৈপাকপোকপদা শিজ অভোন পুন্সি শিএ। ২৬নি যুমশকৈশদা নিংথেম পাইথোম্বা মপা ইবুংঙো তোনাবা[2] শিএ। ২৭নি শগোলশেন্দা ভাংবম অচৌ শিএ। লাংবন থাদি ঈরাইনা হল্লে। ককম্বুংনা কৈ অমা কায়এ। অচঙবনি। কৈথেন্দা থুনাং য়েথেক্লুনা শামুগা হুরহনএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা চিংগোন্দা কৈ অমা কায়এ। লাইশ্রম চিংলোই কৈনা চিক্লুনা শিএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা লাইম্লিংথৌ হুনবদা কৈ অমা কায়এ। মেরা থাদি লংমাইচিংনা হুনএ। ২নি নিংথৌকাবদা থমলাংবদা কৈ অমা কায়এ।

---

১ ভাঙলমত্তনা—চাক্তাঙহুনা।

২ তোনাবা—লাইম্লিংথৌ থাগেম্বী মচা ইবুংঙো নোংপোক থোঙকেন থৌবা।

লঙজত্না শিএ। তারাও খুন্দোন চেনখিএ। যুমলক্পী মং হোংদোকএ। য়াইস্কুল লাকপা লনহাম্বগা নাহারুপ লাকপা লংমাইথেন লাংমৈগা ২ মানা চিংত্না নোংকৌগী কৌ য়ৈথেকপা চৎএ। রাকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৭নি শগোলসেন্দা নাওসোমচা পুপ্রনবগী শামু অনোন অমা তথেন্দগী তিকপা থুংলৈএ। ফাইরেন থাদা সোইচেপ পন শাইএ। লমদা থাদা আনান নায়এ। কোনলেন লুখোইববু মচানা হাত্নুনা শিএ। চখাবা শঙবু মনাও ওম্মানা হাৎনা শিএ। রাংখৈরাকপম লোনতাইগী কুন শক ১৬০০ কালেন থাদি ঈরাইনা হনএ। ১৪নি শগোলসেন্দা লাই বাসাগী ফুবা শংউবায়এ। থানিন নোং ঈরাইদা থা শানা যংএ। ইংডা থাদা মোইরাংথেমচা শগোলশেনবা হুম্ববা লুরাংনচিংলত্না মুংকোন নায়এ। লান ৩০ কায়এ। শিঙ লনহাঙ্গীগী যুনথে শাইএ। ইঙেন থাদা সোগাইজম অহল্লুপ লাকপা তোনবা শিএ। থবান থাদা আইমোন চেনখিববু তথেন লানগানবএ হায়না খংনয়ে। শনখিনপা লুখোইবন-চিংনা লোইতোংএ। লাংবন থাদা অনান নায়এ। তিয়াঙ্গে থাদা হিচেশ নোংথোনবনচিংনা শাচুন নায়এ। লান ৩০ কায়এ। য়েঙথাবেনগাদি তিয়াংলোই হিদং কোইরেম্বনচিংনা ঙরা চঙখিএ। করো কোনশবা শিরকএ। খেনখোইবম থম্বগী কুম শক ১৬০১ লাংবন থাদা খোংজাই কৈরোইদগী হৌনা যয়েং য়ৌনা লমপান লোইএ। মেরাথাদা ময়াংশাং নায়এ। রাকচিংগী খোংচোম শিএ। অচোইবমচা লুরাংগা হৈবেমচা চিঙলেনগা ২ মানাচিনা ময়াংশা থকপা চৎএ। ফাইরেন থাদা হুই ঙাওনা শিএ। লঙ্গী খোংপান পাল্লোইএ। লমদা থাদা তুরেন অমনবা পালোইএ। হৈস্নাম ক্যাম্বগী কুম শক ১৬০২ শজিবু থাদা সনাচিক্রুন নায়এ। ঙারোই ফানা পুংদা খোং হিদং চাবো হি কাকনা শিএ। লান ৩১ কায়এ। কালেন থাদা নামুনচীং লম য়েংএ। হিয়াঙ্গৈ থাদা চিংঙাদগী তুরেন তৌফাৎএ। ইহারাই কৈকম তমএ। খোরানপিচাক মরৈ পানবা থোকএ। পোয়ম্ভু থাদি ঈরাইনা হনএ। ১৫নি লংমাইচিংদা চৈনমাই থুচাবপনা নিংথেমবু য়ুকৌএ। নিংথেমগী নতুংদা নোংয়াই হেন্নবদা শঙ্গায় যুমজাও মৈ হোৌএ। মংকনশঙ য়ৌনা মৈ চাকএ। ময়াংবু মংকননা ঙমএ হায়নৈএ। লমদা থাদা শঙকাই যুমজাও শাইএ। শাইরোম মাইমুগী কুন শক ১৬০৩ শজিবু থাদা নিংথেম্না নাওরোইবম চাউবীবু লাই কাসাদা লুহোংএ। কালেন থাদা থোনলাং ১ নোংকৌ ১ কাংপোকপীদা শামুনা হুমৈএ। ইংঙা থাদা কৈথেন্দগী শগোল শায়াম্বু কোইরেং হাওনা তানা থিনহৎলমএ। ইংঙেন থাদি ঈরাইনা হনএ।

১৭ নি ঈরাইদা লাই কংলা হৌএ। নিংথেম চরাইরোংবগী মপা ইবুংঙো খ্বাইরাকপা[1] শিএ। মেরা থাদা ইবুংঙো নোংথোনবা শিএ। ক্বাইরেন থাদা মৈতৈ লৈমা পো লেন খোম্বীগী ময়া অশাংবম চন্দ্র শিএ। লাংদেম ময়াংগী কুম শক ১৬০৪ ইংঙা থাদা নোং কংদুনা তুরেন্দগী ঈথে লৌএ। ভাংবমচা কৈরুংবা কোংযাম্বা শিএ। থৌরান থাদা মৈতৈ লৈমা খাগী কৈথেন থানবীগী মপা খ্বাইরাকপা ওখেম্বা শিএ। পোয়রু থাদি থাংজনা হনএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা খোম্মা ভাবিনা চিংনা ময়াংদগী শামু তিকপা চংখিএ। রাকচিং থাদা চুংশুবগী মরিং চংখিন্নৈ লৈমপোকপম থুনতমস্তুং লমথেন মপানগী লোকচন্দ্রা কৈনা চিকনা শিএ। লমদা থাদা শংখুনা লেকপা শেকরাই ময়নগী মী অমা থৌবান্দা কৈনা চিক্নুনা শিএ। থোমযান শা তানবদা শিন্নাইবা হনবা মচা কৈনা চিকনা শিএ। থাংচুবম কোইরেংগী কুম শক ১৬০৫ শক্তিক্ থাদা খুমজাও শাইএ। তন্না লানতাই নাযএ। লান্দি থেম্মাবেংনচিংনা লান ৩৬ যায়এ। খুনলক লমলোইএ। কালেন থাদা খুমজাও কাংএ। নিংথেমনা হৈবোক্রা কৈ তামা যাযএ। ইংঙা দা থাংজনা হনএ। অড় মুরিংতা ইবুংঙো লাংতে ঙম্বা[2] শিএ। লাংবন থাদা নৈশাবচ হাইয়েন লাকপা। খিংকোম্নচিংনা ময়াংদগী শামু লাবা পবনসিংগা অমোম মুখবাগা ১মা শুকএ। ময়াং নুপী অমম্তুং থোকলকএ। নিংথৌকাবদা খুংলৈএ। অংশানৈদা নিংথেমনা পামচেংম্মুং চুগজাকম্মং চানৈএ। নিংথেম পাইথেম্বনা নামযৌ হনএ। পোয়রু থাদা নাংসোমচা পুখ্রনবনা ১বক হম্না নামযৌগী ফৌ যৈবা চংএ। লোযশঙ খুদিং তিযাং থোকএ। রাকচিং থাদা লোকলাওবুংগী থংেন তৌবাংএ। থা ২ লৈনায়এ। পোংশংবা হঞ্জবা নরাং শিএ। কৈশাম লনহাংগী কুম শক ১৬০৬ শক্তিক্ থাদগী কালেন থা ১মাদা হুইত্রোনবা অয়েক্রা চিংনা নাগা তুরেন থিংএ। তুরেন মরিন তন্না তৌএ। লাংবন থাদা লোনতাই নায়এ। লান ১৫ যাযএ। ইরেন সোইনাই ঙাশিংবগা লুক্রাম মোনশাম্বগা ১মনাচিংদুনা লৈবাক পুম্নমগী লু তৌএ। সনা লুপাদি নিংথেমদা কংএ। সেনচাও পুখমদি কোরী তান্দুনা শাং অঙাংবনা তোনান পুংজাও শাইএ। শাং

---

১ নিংথেম চরাইরোংবগী মপা ইবুংঙো খ্বাইরাকপা—তানাবা নোংপোক থোংজেন থৌবনা পোকপা তোনসেন ঙবা।

২ ইবুংঙো লাংতেঙম্বা—তোনাবা নোংপোক থোংজেন থৌবনা পোইবম চড় পায়দুনা লাংতে ঙবা পোকই। পোইনাইদে।

অঙাংবনা সোমসোক নাসে হৌএ। থাত্রন রানশঙ শাবম্থু থোবকএ। হিযাঙ্গৈ থাদা মুতুম অচ্নবা কোইরেম্বা শিএ। খা অদুদা নাওসোমচা পুস্রনবনা মুরাখেম্বদগী উনিংথৌগী হিযাং অমা থোবকএ। ককো থাবি পুম্না কৌথে ভ্রুন লুপা থাঙ, ফুবিৎ, লুহুপ, শেকশিন পীনৈএ। পোম্ম্বু থা ১০নি থাংজদা সোমসোক নাগে ত্তৌবগী বা তারগে হায়দুনা চিংকোন চীংদা নোংমৈ পান্দমশিঙৈদা শঙ্গায ফুমজাও মৈ হৌএ। রাকচিং থাদা মী হাকনা কিনৈএ। বৈথেন কাব কিনৈএ। স্না থোনবস্থুং কুম ২ শিংএ। থা অদুদা যেনত্রেন নাহুন শাবস্ত, উশাবা খুম্রাক-পম্বুং শামুশেনবা হিদংস্থুং সৌবান পুন্সিস্থুং ওমবনা থাবিদা শামু ফাবা চঙখিএ। ভাংলোম পুন্সিগী কুম শক ১৬০৭ ইংঙা থাদা অচ্নবা মোইরং মুবা শিএ মেরা-থা লংমাইচিংনা হনএ। মীশিং ভংবদা শঙ্গাই যমজাও মৈ হৌএ। লাইয়িংথৌ তাইবংথাইবগী[1] শঙ্গায়স্থুং মৈ থাদোকএ। নত্তু থৈবিকস্থুং লমলে খুদিংদা থমএ। মী হান্না কিনৈএ। য়েন্স্রেনবা নাহুন শাবস্থু, সৌবান পুন্সিস্থু উশাবা খুম্রাকপস্থুং কবোদগী শামু ফাবা মপাম্পুংদা মুমিৎ ৮নি থাইরএএ। ২৫নিংথৌকাবদা থুংলৈএ। তারাও থোনজেন চেনখিএ। রাকচিং থাদা লাইজাও থোকএ। লমদা থাদা লমচাও সাসেম্বানা লমশন যাযএ হাযদুনা সাসেম্বা থৈবিকপু কৈদা থমএ। শগোলশেনবম চ উবনা শেকরাই[2] নুপী শোক্তুনা মরান, হাৎএ। নিংথেমনা তাথিদুনা মরাবু নাই ১০ শাহনএ। নোংপোকপম থোম্বগী কুম শক ১৬০৮ কালেন থাদা চক্সিং লন য়েংএ। ইংঙা থাদা ইগোম লোইনাই ভাশিংবনচিংনা অহল্লুপনা থংকান নায়এ। লান ২০ কায়এ। হংঙেন থাদা হুইরোংবম মোইরাম্বা শিএ। থৌরান থ দা তোকপা খুন শন ভবরু কৈরোইনা কোয়রে হায়দুনা নিংথেম চত্তুনা লান তানএ। লান ৩ কায়এ। অমদি লনকা শীংচনবনা কারকএ। লৈহৌ কুমৈদা মোইরাংথোমদা হাৎনৈএ। লাংবন থাদা থা কৈথেনগী নুং তুইএ। সংখুবা সেংরাই মযুমগী মী ১ ননহৎএ। লাইয়িংথৌ হনবদা কৈ অমা কায়এ। থা অদুদা য়াইচিং খুম্রাকপা লুনহাম্বা শিএ। লমলোংকৈ শঙবা২না কৌ হবা ফংদুনা হাৎনৈএ। কবোদগী শামু লমশাস্থুং মনমদা য়োংগী য়ৈদুনা শিএ। মেরা থাদা পাম্বোইবীগী শঙ নম্বোনবা শাবা হৌএ। অমা লোইএ। হিয়াঙ্গৈ থাদা হিজমচা নোংথোনবনা চিদুনা ওকস্থু নাবা চংএ। য়োদনা হুনকএ।

[1] লাইয়িংথৌ তাইবংথাইবা—সনামহি।

[2] শেকরাই—সেকমাই

থা অহুদা ভাংথুনকি নাই হিংচাববু অহোংগৈদা হাৎনৈএ। কৈরাও নোংদা লেন হাকনা তাইএ। নিংথেমগী নোইনিংখোই তেকএ। লমদা থাদা শঙ্গায়রেন হৌএ। চনম্বম চাওবগী কুম শক ১৬০৯ কালেন থাদা লৌক্রাকপম পোরোনা চোথেদগী ছি ইথাই চাইবা থোকএ। ইযু লুব্রাংদা কৈ অমা ফায়এ। কৈরাং থোং ১ লুব্রাংশংবম হুনম্ন ২ন্না কৈনা ড্রিক্তুনা শিএ। ইঙা ইঙেন থা ২মক্তা পুকস্রিনা ফৌ চায়এ। কুম অহু ভাঙলনএ[1] অশোন অনা থৈবিবপু নিংথেমনা স্বথোঙ মমাঙদা ফমহুনা ফৌ য়েনবিএ। থৌরান থাদা নিংথেম থাঙ্গদা ঙা চাবা কুমএ। লোনতাই নিংথৌ লংমৈশোনবা হাৎনৈএ। লাংবন থাদি ঈগাইনা হনএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা থাংজম বসোংগা ঙংবম চম্নু থোইবীগা অনীমা লঙজনা শিএ। মেরা থাদা হুইবোংবম মরাম্বা শিএ। লাঙ্গোন্দগী কৈ ৮ চনএ। ৫দি সৌকাপনা ফায়এ। ৬দি কৈ হুমদা ফায়এ। পোয়ন্থু থাদা নিংথেমনা কৈথেন থোক্তুনা কৈ ৩ শিঙ নিংথেমন্থবী য়াওনা থিননৈএ। রাকচিং থাদা লোইবম কৈশং যুমশং খুনচা নাইচা[2] খাক্তনা নিপা ৫০ না চেকফু ১/১ লিংহনএ। জন্না চেক শীদোকএ। থা ৬ চেক শাইএ। লমদা থা লৈপাকপোকপনা হুনএ। ১০নি শগোলশেন্দা যুমথৈ শাইএ। শিঙ মচেম হুইবোংবম ওবী শিএ। ১৭নি শগোলশেন্দা উত্রা শঙ্গায় হৌএ। রাংথৈরাকপম থোংচোম্বগী কুম শক ১৬১০ শজিফু থা থা অহনবোং[3] থাঙজদা নিংথেমগা শিঙগা ঙা থিবা চৎএ। ২নি লংমাইচিংদা লংমাইচিং মৈ কায়এ। য়েনখোইবম মায়ভেবনা থাম্ম হায়হুনা হন্না নোং লাউএ। থানিন নোং[4] থাঙজদা থা শানা যংএ। থাসি লংমাইচিংদা ছুমিংপু শানা[5] যংএ। পুমনা য়োংএ। লম্মাপিদা পুং পীদববু অহুইঙৈ পুং পীএ। কপো তুমু চেনথিএ। মুংকোনকা আসোংকা হুমএ। থৌবান থাদি যুমশকৈশনা হুনএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা নিংথৌজম চম্নু থোইবীবু কবো মংসারাকপদা থাজএ। লাংবন থাদি যুমশকৈশনা হুনএ। ১৭নি ঊরাইদা ইকুঙো অচৌ না য়াংএ। শখোল মরাই তাইএ। ফমাইকোম কোয়বা লোইএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি

১ ভাঙলনএ—গাক তাঙেঙ।

২ খুনচা নাইচা—নাইফম থাবম অন্তুপ নাহাকপ পানা মরি ( থাবম নাইফমু খুনা কৌই, নাহাকপ অমতং অহন্থুপ পানাবু নাইজা কৌই )

৩ থা অহন নোং—নোংমা পানবা, শুক্লা প্রতিপদ।

৪ থানিন নোং—পূর্ণিমা হমিৎ।

৫ ছুমিংপু শানা যংএ—পর্য্যগ্রহণ তৌএ।

লংমাইচিংনা হনএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা নাইবিক যেংবা লুখোই ভখেন চঙখিএ। পাওনম[1] হিদেন্দা লাইরেন ফৈজ়না ঈশিং থিংকৎএ। ৱাকচিং থাদা নিংথেম চরাইবোংবা মত হৈবাম চনু শিএ। মাইবেন থাদা শগোলশেনবা হক্তবা লুবাংনচিংনা নোংফৌ লান লুমএ। খোইফুবাংনচিংনা লান ১৪ যামএ। লমদা থাদি নিংথৌবাবনা হনএ। ১১নি শগোলশেন্দা যমজাও শাইএ। থৌরাউজম কোইবেংগী কুম শক ১৬১১ শক্তিবু থাদি নিংথৌবাবনা হনএ। ১০নি মুমশকৈশদা শিজ নাওসোম ঙৰী মচা পেকএ। ১১নি শগোলসেন্দা উক্রোং মুংএ। লাম্দি মকৌগী খোইমুবাংনে, ওকম্নগী বৈযাংলেম্লে, লোনতাইগী চামপিরেংনে ওমান-চিংনা লান ১২ হাৎনৈযে। ইত্তেন থাদি থাংজনা হনএ। ৬নি শগোলশেন্দা শিজ তোমপোকপী শিএ। ৮নি থাংজদা খুবাইলৈমা লনহাম্বী শিএ। থৌবান থাদি থাংজনা হনএ। লাংবন থাদি নিংথৌবাবনা হনএ। ২৫নি শগোলশেন্দা শিজ তোমপোকপী পাংলোমএ। ২৬নি ঈবাইদা থুমহৈলেমা পোমলোইএ। মেবা থাদি শগোলশেম্না হনএ। থানিন নেং শগোলশেন্দা লাইযেন লাকপা খোইনাইনা লাই তাইবং, থাইবগী[2] মত লৈশাংথেমচা খারপু শোক্তুনা কা পোক-পীদা যানলৈএ। থাবদি ভুগ্রুদা থাইএ। যুমজাওদা লৈচেং হনড মএ[3] হাযদুনা থংনৈএ। মাইবেন থাদা লৌক্রাকপম পোবৌনা মযাংশা ওকপা চংএ। অছুগী মত্তংদা তম্পাকযিম লাইশঙ, যৌবৈ, সঙলাংমৈ,[4] লাংসং, অচানবা লোযশঙ, দোলাইরোই লোযশঙ, শামুশঙ ৭মক মৈ হৌএ। লমদা থাদা নিংথেম শিজ থাদ-ঙা খিবা চংএ। থৌরাউজম মুংগী কুম শক ১৬১২ শক্তিফু থা থা অহন নেং থাংজদা নিংথেম খাদগী ঙাহিবা থুংলৈএ। ইংঙা থা নিংথৌবাবনা হনএ। ২৯নি নিংথৌবাবদা শগোনশেনবা হক্তবা লুবংনচিংদুনা আনান, নানযৌ, মবৈপুং, শগাং থুঙং ৪মকপু তাঙলমদুনা[5] চাক পীজগে হাযনা থেমথৈএ। অমা লান ১৫০ ফাবৌএ। নাবপপা ইহাবাইদা থমএ। ইংঙেন থাদি যমশকৈশনা হনএ। ৬নি নিংথৌবাবদা নাওসোমচা শেলুংবনচিংনা নোংফৌ লম্বী যাংএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি শগোলশেম্না হনএ। ৪নি লংমাইচিংদা হিক্তমচা নোংখোনবগা নাওরেমচা পুখ্রনবগা

---

১ পাওনম হিদেন—কংলাগী নোংপোক চীংথৈ থংবদা লৈবা ইম্ফাল তুরেলগী হিদেন অমা।

২ লাই তাইবংথাইবা—লাইনিংথৌ সনামহী।

৩ লৈচেং হনবা—লাই অবা।

৪ সঙলাংমৈ—নিংথৌগী ফি শেংনবা শঙ।

৫ তাঙলমদুনা—চাক তাঙদুনা।

২মরুচিংনা নোংঙৌ ফৌ য়েবা চৎএ। ১১নি লংমাইচিংদা থুংলৈএ। পোয়ন্থু থা থাংজনা হনএ। ১০নি নিংথৌকাবদা স্নথোঙ শীদোকএ। ২২নি থাংজদা নিংথেম মযাম্বা[1] পোকএ। ১৩নি লংমাইচিংদা চেক ঈবাৎএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা স্নথোঙ হৌএ। রাকচিং থা লংমাইচিংনা হনএ। ২০নি ঈবাইদা নোংযৌ ১ থোনলাং ১ অসৈবা লোয়শঙদা[2] থম্বরু চেনখিবরু ফংএ। ২৬নি শগোলশেন্দা ঈহাবাই নাকপপা পন শাইএ। লাংথোং তৌএ। ফাইবেন থাদা নিংথেম শিজ নোঙনা নায়এ। নিংথেমদি কৈথোংদা ঙা থিএ। অহু মড়ুদা নিংথেম শিজ নাকপপা পনশাবা যেংলুইএ। লমদা থা য়ুমশকৈশনা হনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা নিংথেম শিজ লৈমতাক উবাংপাই য়েনা ঙা থিবা চৎএ। ১৯নি লমাইচিংদা থুংলৈএ। শনথাম লুকোককী কুম শক ১৬১৩ শজিবু থাদি শগোলশেন্না হনএ। ১৬নি ঈবাইদা তখেন্দগী শামু থাংকোকপা[3] লাবা ১ অমোম ১ অনীনা থেকলকএ। ১৭নি থাংজদা লোইনাই ঙাশি পনচিনা অইল্লুপনা মসেম নাবা চৎএ। য়েদনা হল্লকএ। কালেন থাদি ঈবাইনা হনএ। ২নি য়ুমশকৈশদা শিজ লোইথেম্বী পোকএ। ২২নি লৈপাকপোকপদা ওইনাম পাংডাবনচিংনা নাহাকপনা লান চৎএ। থোরান থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১৭নি ঈবাইদা নোংসোমচা লুলাং শেলুংবনচিংনা ঔরাদগী শামু ওকপা চৎএ। ১৯নি লংমাইচিংদা চাইবেন লৈহেন্নৈএ। লাংবন থাদি শগোলশেন্না হনএ। ৪নি লংমাইচিংদা শুগু লৈহেন্নৈএ। ৫নি নিংথৌকাবদা নোংসোমচা লুরাংবনা ঔরাদগী শামু অমোম অমা লাবা অনা ওকলুবা থুংলৈএ। মেরা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। রাকচিং থাদা অঙোম চন্থ লৈনথুবী হঞ্জবী[4] থৈথৈএ। ওইনামচা শেলুংবগা অচোইবা হঞ্জবা লুরাংবগা ২মকনা চিংহুনা পঙ ১০ মকনা লান চৎএ। লমথোন, শগাং ২মা নাযএ। নোংসোমচা পাংডাবা শিরকএ। ফাইরেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। থানিন লংমাইচিংদা থা শানা ফংএ। থাশি নিংথৌকাবদা মুনিং শানা ফংএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২৪নি য়ুমশকৈশদা কংলা থাংপোক কুমএ। ২৫নি শগোলশেন্দা কংলা শীএ। হাওইবম অমুম্বী কুম শক ১৬১৪ শজিবু থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ২নি শগোলশেন্দা কংলা হৌএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা নাহাকপ লাকপা লংমাইথেম

---

১ নিংথেম মযাম্বা—গম্ভীরসিংহ মহারাজ।

২ অসৈবা লোয়শঙ—পেনা খোংবা লোয়শঙ।

৩ শামু থাংকোকপা—মথা অশাংবা অনী থিন্দোকপত্থ মাঙদবা শামু, মথা পান্দবা শামু।

৪ লৈমথুবী হঞ্জবী—লৈমথুবী অহন।

লাংমৈ শিএ। হৈপোক্তা কৈ অহুম কায়এ। ২২ নি য়ুমশকৈশদা কংলা শঙকায়এ। কালেন থা শগোলশেন্না হনএ। মুতুম মোইরাম্বা শেলুংবা শিএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা কংলা হোঙএ। ইংডা থা ঈরাইনা হনএ। ১৯নি লৈপাক-পোকপদা শীজ খুরোইঙম্বী পোকএ। ইংঙেন থা নিংথৌকাবনা হনএ। থৌবান থা য়ুমশকৈশনা হনএ। ১০নি ঈরাইদা শগোলশেনবা হঙবা লুবাং শিএ। ১৮নি থাংজদা মচা মায়চৌ শিএ। খুম্নাই মী হাকনা শিএ। মেরা থাদি থাংজনা হনএ। ১২নি য়ুমশকৈশদা নিংথেমনচিংনা সোমসোক নাবা চৎএ। ২১নি ঈরাইদা মৈতৈলৈমা পোংলেনখোম্বীনা নৈনম শেকমুবু নিংথেমদা পাখোন শীএ। শেকমুদি ওম্না কোন্দোং লৈহেন্নবকএ। নিংথেমনা শেকমুবু কম্রে হায়না থৌচানপিএ, মথৌ কোকপিথিএ। হঙ্গোক হঙ্কিন ২৭নিনে। হিয়াঙ্গে থা লৈপাকপোকপনা হনএ। ৯নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম থুংলৈএ। ২৯নি লংমাইচিংদা অচোইবা হঙবা লমলোই শিএ। মাকচিং থা শগোলশেন্না হনএ। ৪নি লংমাইচিংদা নাওসোমচা পুথ্রনবগা লংমাইথেম্বা নাহাকপ লাকপগা সোমসোক নাবা চৎএ। লান ১৫ কায়কএ। চুং, থাঙ, নোংগৈ, পিয়োং শগোম্নচিংনা লোবলকএ। কাইরেন থাদা ঔরা লান কায়কএ হায়দুনা নৌসোমচা পুথ্রনবগা লংমাইথেমচা নাহারুপ লাকপগা ২মরুচিংদুনা ঔরা লান তানবা চৎএ। ১৭নি থাংজদা হাওবমচা লোইরেম্বম্বা লাইতোম্বম তোরাম্বু ২মা ইংখি নপান্দা শিরোএ। কৈশাম শামুরোকপী কুম শক ১৬১৫ কালেন থা য়ুমশকৈশনা হনএ। ১৪ নি য়ুমশকৈশদা অঙৌপানবা লম্ফেল ঙম্বনা[1] সমসোক ফেৌ য়ৈবা চৎএ। ভরেৎ শেনচাউ ঈশিং চাউডমদুনা নুংনা থোং শাদুনা লানএ। ফৈম্বু য়ৈরমদুনা মংশাগী নিংথেমগী কৈদা চল্লমএ। লান ২ কায়এ। শামুক ইরোই লোকলকএ। অরোকপা মহাক্তা ওম্না পীনৈএ। ইংঙেন থাদি ঈরাইনা হনএ। ১১নি নিংথৌকাবদা নৌসোমচা পুথ্রনবা ক্যাম্বা শিএ। নোংমদা মতূ হঙবী শিএ। থামৈদা য়াইস্কুল লৈকাইগা তোনলোং[2] লৈকাইগা ২মা য়ৈনৈএ। হৈস্নামচা ১ য়ৈনদুনা শিএ হায়দুনা মাকোংএ।

১ অঙৌপাম্বা লমফেল ঙম্বা—অঙোম নিংথৌ মবাম ঙম্বনা মুয়াং কৈথেন থানবী পায়দুন অঙৌপাম্বা লম্ফেল ঙম্ব পোকই। লম্ফেল ঙম্বনা ময়াং ঙম্বীগা বাইরোকপম চঙগা অনৌংক পায়দুনা মথাংঙবীনা কোনখোম্বগা লোইখোম্বগা মচা মনী পোকই। বাইরোকপম চঙনা লমতাবা পোকই।

২ তোন্নোং লৈকাই—কাই মণিপুর বাইফল অমম্ভং লাইমিংথৌ সনামহীগী লাইশঙ লৈবিবা লম অসি তোন্নোং লৈকাই কৌরম্বী।

মৈ হৌএ। কাইরেন থা থা অহন নোং লংমাইচিংদা হিজমচা নোংথোম্বগী শগুনচিংনা য়ুমনাক ৬ মৈ হৌএ। ১৩নি ঈরাইদা তাংখুম ইতোকনা লেংলেন শোকলাএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৪নি শগোলসেন্দা পাল্লা য়ামৈদা কৈ ২ কায়এ। ২৬নি ঈরাইদা খুংশিং য়ামনা শিংএ বৈথেন কাফদে। থোং হুম্ববগী য়ুম তেকএ। হাওইবম মুংয়াম্বগী কুম শক ১৬১৭ শজিবু থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১৮নি থাংজদা চিংগোন্দগী কৈ ১ কায়এ। ২৯নি য়ুমশকৈশদা হনচিংদা[1] কৈ ৪ কায়এ। কালেন থাদি শগোনসেন্না হনএ। ৭নি য়ুমশকৈশদা ইতোক নাবা সানএ। পারা কিয়াম্বা, খোংজাইবা তখেন, নোংকৌ খুনৌ ১মুং ৫মা লৌরৌএ। সোইবম মৈ হৌএ। মী ৫ চাবএ। ১২নি নিংথৌকাবদা ইতোক নাবা থুংলাএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা লক্ষেন মপান লম য়েংএ। ইংছেম থা লংমাইচিংনা হনএ। ২নি নিংথৌকাবদা অচোইবা হজবা, মোইবাং ববোম্বা ১মা শিএ। হিয়াঙ্গৈ থা থা অহন নোং লংমাইচিংদা হৈপোকতা কৈ অজুন চলএ। ৫নিদা কায়এ। থানিন নোং লংমাইচিংদা ইবুংঙো লোইয়ম্বা[2] পোকএ। ২৫নি য়ুমশকৈশদা তাখুল পোইরৌ তোংবনা ইতোক মুপী ৬ কারকএ। খবান-মিচাক মমৈ পানবম্ থোকএ। পোয়মু থা লংমাইচিংনা হনএ। নাইতবাকপম হাওবা, থাংজম চমু তোমু ২মা লংজনা শিএ। ৮নি লংমাইচিংদা পোংসংবা তুরেল চোংবনা শেঙ্গাও অচোইবা হুইএ হায়তুনা মোংবাহনবদা[3] হাংনৈএ। লৈতান থেম্বদি মথুৎ ককএ। য়াকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা থা শানা কংএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা নিংথেমনা হৈনিং-শোয়দা পোরোম[4] কাম্না চংএ। থাশি লৈপাকপোকপদা মুমিংপু শানা কংএ। লৈশাংথোংদা নিংথেমনা পাপ কোকলমএ। কাইরেন থা লৈপাকপোকপনা হনএ। ২১নি নিংথৌকাবদা অচোইবা হজবা থাকপা শিএ। ২৯নি শগোলসেন্দা ইপু লুয়াং শংবমদা থোঙ্গাং হাও হাংলে। লমদা থাদি থাংজনা হনএ। ৮নি থাংজদা নিংথেমনা ক্যামগৈ লৈহৈয়ৈএ। শিংজমৈদগী হৌনা পাল্লোইএ। ১০নি

---

১ হনচিং—হৈজাং চীং।

২ ইবুংঙো লোইয়ম্বা—মৈথিংঙু চরাইরোংবনা শাৎপম চক কংবিনচাইবী পারছনা গরিবনবাজ মহারাজগা লোইয়মগা মচাইবুংঙো অনী পোকই।

৩ মোংবাহনবদা—মহাবলী উমংদা।

৪ পোরোম—পারা তাবা উচেক মখল অমা the common coot ( Fulica atra atra ).

নিংথৌকাবদা পানাথাংবা অরোই যৈদা শেমএ। থোংজু কৈনৌদা লেকলমএ। থাংজদা পাম্লোইএ। নিংথেমনা কৈনৌদগী তক্পা লেমলৈ লৌ ঙাথিবা চৎএ। চাইরেন খাঙ য়ৌএ। হিবম তৌএ। থিঙ্গংগৈ হিরম তৌএ। উম্নমপোকপী য়ৌএ। ২৯ ঈরাইদা থুংলএ। য়েংখোইবা লাংমৈপী কুম শক ১৬১৮ শজিফু থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা থিংকোম ময়াং কৈদা শেমএ। ১৩নি ঈরাইদা নৌসোম অরোইনা ইতোক হাওবু শরি শোম্নবা চৎএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা নিংথেমনা অন্দ্রো লৈনাবা চংএ। ২৯নি লংমাইচিংদা থুংলয়ে। কালেন থা থাংজনা হনএ। ১৯নি য়ুমশকৈশদা হিজমচা নোংথোনবা লংমাইথেমচা পুথ্রম্বা ২মগী যুমফম তম্বদা নিংথেম কুমএ। ২০নি শগোলসেন্দা চাপা চিংজিন্দা কম য়েংএ। ইংডা থা লংমাইজিংনা হনএ: চিংথাম তাংলমম্বুং কৈদা শেমএ। ১৭নি ঈবাইদা মৈদিংঙু ময়াম্বগী[1] মমা সাংপর চম্থ মুংখিন চাইবী শিএ। ১৫নি যুমশকৈশদা নিংথেম ফৌবাকচাওদা ঙা চানবা চৎএ। খীক মপুম্বা কম্পবমচা মোইবাম্বা না খাংএ। ১৩নি লমাইজিংদা থামবন খুনপাম্বা থোকএ। ১৮নি ঈবাইদা মুংবি ভিংতৌ নাবা চৎএ। লাংবন থা য়ুমশকৈশনা হনএ। ২নি শগোলসেন্দা হিজমচা নোংথোম্বনা নোংচুপলমদা হিয়াং চিংবা চৎলে। ১৭নি ঈরাইদা নিংথেম চবাইরোংবনা তম্পাক্তা য়াইস্কুল লাকলিঙৈদা চোমশিবা লান ভিংতৌ খুলেন নাথএ। লম তরেংদি ইপুংড় চবাইরোংবনা কাম্নএ। লমশিংপুদি হাওবম ময়োনঙম্বনা কাযএ। ২৪নি ঈরাইদা থুংলাএ। মেরা থাদি শগোলসেম্না হনএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা খাইবাকপা থোংজোম্বা লিএ। হিযাঙ্গৈ থা ঈরাইনা হল্লে। ২৮নি শগোলসেন্দা অহৈবম মাইতেক, কৈশাম মাইতেক মাইবা থিয়াম ওমা হুরানএ মৈ থাইএ হায়হুনা হাংনৈএ। পোরম্বু থাদি লংমাইজিংনা হনএ। ৭নি থাংজদা লৌরেম্বা শংখুবা হজবা হুইড্রোম্বা অরোই কৈরুংবা ২মনাচিংনা অখেন লান তানবা শানএ। ১২নি শগোলশেন্দা অখেন তুলাইতোংবা ওনা চিংনা মী ১৬ কায়এ। ২৩নি নিংথৌকাবদা ইহান্নাই নাকপ্পদগী অনান নানকোবু চাকপবৌগী মীনা লমজিংহুনা কবোরম চেনথিববু লৈয়ুত্তংবনা কারকএ। থাকচিং থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১১নি শগোলশেন্দা শঙ্গায় য়ুমজাউ মৈ হৌএ। কাইরেন থাদি য়ুমশকৈশনা হল্লে। ১১নি থাংজদা শিজ পোংলেনথোম্বী পাপ কোকএ। ১৮নি য়ুমশকৈশদা ইঙৌশঙ্গা ফিশা শঙ্গা

১ ময়াম্বগী—গরিবনবাজগী।

লান চংএ। লান ২২ কায়এ। ২৬নি লংমাইচিংদা কম্বান্দা শিজ খুরাইনৈমা ময়াম্বী পোকএ। কুম অহুদা নুংনা তুরেন্দা তাউথরকএ। তেনগৈ খাদা[1] লোকএ। তেংকোৎ ইরু শেন্দা হাপ্পুনা চেকশঙদা থমএ। ২৭নি যুমশকৈশদা শজায়রেন হৌএ। লমদা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২° ঈরাইদা শজায়রেন হৌএ। ২৫নি যুমশকৈশদা চাক থাঙনবা শনতৌ হাংকে তৌববু চেনথোকখিরে। নিংথেমনা কাঙজৈ নাবদগী[2] তন্না তাল্লখিএ। থাইদেম চাথাবু শনথৌনা হাংএ। থাদি নিংথৌকাবদা মুমিংপু শানা কংএ। শাইরোম মানশৈগী কুম শক ১৬২১ শজিবু থা লৈপাকপোকপনা হনএ। মিনুথোংগী থোংজিন্দা লৌথাম্বম পাবা শিএ। কালেন থা শগোলসেন্না হনএ। ইংঙা থা ৯নি থাংজদা কাংবুজম লোক্তা কৈ অহুম কায়এ। এনসেম্বমগী ইমুংদা কৈ মমৈ মনা কবপা ময়াম্নুং তেকপা অমা চঙহুনা কারকএ। ২°নি যুমশকৈশদা রাংথৈ লমমাবদা নিংথেম কুমহুনা লাইরা হংলৌএ। নোংমদা শিএ। থা অহুদা লাইজাও থোকএ। ইংঙেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা লাই নিংথেম শিজ, মচা শিজ, অঙম অথৌ খিবিকনা পোঙ তোংহুনা কৈশাংথোংদা ঙানে হৈনৌনে চানবা চংএ। পোঙ চন্দহুনা শগোলথোং হৈনৌ থোং শঙ্কেনথোং থোং ওমক যাম্বেকএ। ২৫নি যুমশকৈশদা চকপিনা[3] তুগক্তুন তুপ্পুগী যুম থুমএ। মী অমা শিএ। পোৎ-চৈ, শুম্বন, য়াংকোক, চাইরেন্না লোকএ। কৌকাকচাউ য়ৌএ। থবান থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ইথাইদা ঙা চানবা চংএ। ২৩নি যুমশকৈশা ভূমিংতা ঈথাইদা থমচেৎ চাবা চংএ। চাইরেন কামুকনুং চেন্নৈএ। কম্বিনুং চেন্নৈএ। ২৬নি থাংজদা মোইবাং নোংথিন চাইবি শিএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৪নি লংমাইচিংদা ওখেন্দগী শামু অমা থোকলকএ। ২১নি যুমশকৈশদা প্রাপান্দা প্রসাংথোং মতোমপা হৌএ। হিয়াংগৈ থাদি থাংজনা হনএ। ৩নি নিংথৌকাবদা পুথ্রনবম পাংঙন কৌবরেনদা হাংনৈএ। পোয়মু থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৬নি ঈরাইদা পাম্মোইবীগী মুর্তি হৈগদবগী অহৈবা হজবা তারিনা

১ তেনগৈ খা—খুাই নোংজেংবম পিবা রেকনা হাওবংলা রায়বা মরিথং মোইময়াই তাউদনবা মথাবি তাউহইরেং অহনবা কানা নী অরাং কোরো নোংকাপলীবু কৈমা রাংদৈথক্তা নীরমএ, অদু নোংগীবু রাযবা তেনগৈ খা-ও তৌনা কৌএ।

—অহোঙপুং লাম্বপান

২ কাঙজৈ নাবা—কাঙজৈ শারবা।

৩ চকপী—চকপী তুরেল।

লৈমি তমএ। ১১নি য়ুমশকৈশদা পাম্বোইবীগী মুত্তি হৈএ। ২০নি ঈরাইদা অহল্লুপ নাহারুপ লান চংএ। অহল্লুপনা মুংবী খুন নায়এ। লান ১৩ কায়এ। কৈথেনলাকপম খম্বাবু নাগুলে হায়নববু মুমিং ৫নি শুগগা লাল্লুপু মনমদা পোনা খোকলকএ। নাহারুপতি শকাং লমকাং নায়এ। লান ২ কায়এ। ২৯নি লংমাইচিংদা নিংথেমনা লম খোকপগী ঈ তাইএ। খাকচিং থাদি নিংথৌকাবনা হুনএ। অহল্লুপকা নাহারুপকা লান চংলুবম্ব থুংলৈএ। কাইয়েন থাদি য়ুমশকৈশনা হুনএ। ৪নি ঈরাইদা খুমাইলম থপএ। ১২নি লংমাইচিংদা কোংবা ঙা থিএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা খোংকৈ লমচেন নাএ। ১৭নি ঈবাইদা কৈন্দা মানসৈবু মারচিংদা হাংনৈএ। লমদা থাদি ঈরাইনা হুনএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা ফাওকৈ শা খোমএ। থানিন নোং ঈরাইদা উত্রা শঙ্গায় হৌএ। হিজমচা নোংখোনবম্ব শিএ। ২২নি ঈবাইদা শামুশেনবা হক্কবা মানশৈ শিএ। নিংভোম্বম মাইভৌগী কুম শক ১৬২২ শক্তিফু থাদি থাংজনা হুনএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা মাসেম পেনলান, মৈবাও খুঙ্গং ৩ মাবু নিংথেমনচিংনা লান নাবা চংএ। শুগ্র কোইবেম্বা শিএ। লান ৭৩ কায়এ। ২২নি থাংজদা থুংলৈএ। কালেন থা থা অহন নোং নিংথৌকাবদা ক্লংশিং য়ামনা শিএ। ৫নি ঈরাইদা চিংঙাংলেন লম যেংএ। ২১নি লংমাইচিংদা লাই নোংশাবগী মড় সোইবম চম্বুগী দমক চেংলুক পুইএ[১]। নোংমদা লুহোংএ। ২৭নি থাংজদা ক্যামৈগে মথক মখা পাল্লোইএ। ইংঙা থা লৈপাকপোকপনা হুনএ। ৪নি ঈবাইদা লাইরা হায়বগী[২] মুত্তি হৈএ। ১১নি ঈরাইদা শুগ্র মাইমুনা মশেম হাও অমা ফারকএ। কৈথেল্দা শামুনা হুম্নৈএ। ১৬নি য়ুমশকৈশদা পাম্বোইবীগী কুবা শঙকায়এ। ১৭নি শগোলসেন্দা ঙাংলোম ভেংকোননা য়াংতক খোম্বা থুংলৈএ। ইঙেন থা শগোলসেম্বা হুনএ। থানিন নোং শগোলসেন্দা খোময়ানগী পনলেন লৈকম তমএ। কুম অহুদা ঙমু মপুক মম্বুংদা লাই লৈএ হায়দুনা চানদে। নোংম্বুং কাংএ। ২৩নি ঈরাইদা সিপোং খোম্বা চংএ। থৌৱান থাদি থাংজনা হুনএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা লৈশাংখোংদা হি বাইবা চংএ। ৬নি শগোলসেন্দা সিপোং খোম্বা থুংলৈএ। ৯নি লংমাইচিংদা নোংপোকলমদগী হাও খৈপিকপু অঙম্বা খৈপিকপু মতাও শান্নহনএ। লাংবন থাদি লংমাইচিংনা হুনএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা

---

১ চেংলুক পুবা— লুহোংবগী ফিরুক্তা হাগুনা চে পুবা।

২ লাইরা হায়বা—লাইনিংথৌ সনামহী।

ইহারাইস্থং রাইকোবস্থং পন শাইএ। লাংথোং তৌএ। ইরোম ঙাশিংবনা চোথেদগী হিক্ক বোনবা ২ চিংএ। লন্দা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৫নি থাংজদা চকপা শেবরাইবু ইহারাইদা কৈস্থনো হায়না খোন্দগৎএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা থা শানা যংএ। মুংশাই হাংবু চোথেগী নমন্দোন্দ তোংহনএ। হাংরোইবম কন্হাংগী বুন শক ১৬২৩ শকিবু থাদি শগোলশেম্না হনএ। ৮নি শগোলসেন্দা ইরোম ঙাশিংবা হিয়াংচিংবা থুংলৈএ। ১৫নি শগোলসেন্দা লাই কংন্না হৌএ। ২২নি শগোলসেন্দা কংলা শংকায়এ। কালেন থাদি থাংজনা হনএ। ২৯নি শগোলসেন্দা ৬ হু ডপুং থোনএ। ইংডা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা থোবাম্না কৈদাবু যেও হায়ত্নুনা খোবান তাবা থৈবিক বাকোংএ। ২৩নি নিংথৌকাবনা নিংথেম্না থাঙদা লনথিবা চংএ। হান্থং থিএ। ২৬নি শগোলসেন্দা থুংলয়ে। ইছেন ৫০ অহন নো লৈপাক-পোকপদা চাইবেন লৈছেন্নৈএ। হি শিন্নবদা অতোমচা অন শিএ। থবন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা লংমাইচিং নিথে মনিংদা কৈ ১ ফায়এ। থানিন নোং শগোলসেন্দা থা শানা যংএ। লাংবন থাদি শগোলসেন্না হনএ। মেরা থাদি থাংজনা হনএ। ৮নি থাংজদা হাংবনচা ময়াংনঙম্বা না য়াংএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা স্নাশাবা হোংলাইনচিংনা মীাঅ্র নাযএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা ঙাংবমচা নোংথোনবনাচংনা লৈনতাক্কা হিযাংচিংগা চংএ। ২১নি থাংজদা নাহারপ লান চংপা থুংলৈএ। লান ২১ কায়এ। ২৪নি নিংথৌকাবদা হিদামচিংদা ইশা নাবা চংএ। ২৮নি ঈন্নাইদা কোংবা থিংগেন থিংএ। হিযাংগৈ থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। লেন হন্দনা তাইএ হায়ত্নুনা নিংথেম্না শগোল তোংনা বেঃ খুদিং চংএ। যৌ লোকপা থৈবিনপ লৈছেন লৈাছেন যেংএ। পোনবু থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা অতোম চমু লৈমথুবী শিএ। ১৯নি লংমাইচিংদা পান্থোইবীগী শড মৈ হৌএ। ২০নি নিংথৌকাবদা যুমথৈ মৈ হৌএ। বাকচিং থাদি ঈন্নাইনা হনএ। থাশি নোং ঈন্নাইদা শডকাই যুমজাও মৈ হৌএ। থোঙলেন, শগোলশড, কালিকাস্থং মংবনশডস্থং শড ৬মা চাকএ। নিংথেমস্থবী শঙ্কাইস্থগা মনাই ২গা মৈনা চাবনা শিএ। থাগোকপম কোইরেং মেরা ঙাংবা অতোম লনহাং পাঙন শাকোম মাথোয় মঙিমা যুমজাওগী শাইজিন্দা মৈ থায়এ হায়না নিম্নৈএ। কাইরেন থাদি থাংজনা হনএ। ৫নি যুমশকৈশদা শঙ্কাইরেন অপিশক অনা যংনা শাবা হৌএ। মংশানকৈগী মী অমা উনা নন্দুনা শিয়ে। য়ুহাস্থং হাইএ। থানিন নোং থাংজদা নাঙসোমচা পুথ্রনবা আরোইনচিংনা

ইবুংঙো লোইয়ম্ববু নিংথৌ ওইহনগে হায়দুনা শঙবাই যুম্লাও মৈ থাবা খিবিকপু থাকোংহনএ। মুমিদাংদা নাওসোমচা আবোইদি কৌপাবেল্দা থৌবিনা লাকখৎনা শিএ। মচা মাইচৌদি মাবচিংদা হাৎনৈএ। নযুন তুননা ফাংএ। তুমগী মী ৩১ শিএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৯নি ঈবাইদা অরা চঙবা শানএ। ২১নি লংমাইচিংদা শিঙ কৈথেন থানবী না তুংএ। ২৬নি ঈবাইদা শঙকাইবেন অপিশা শঙকাযএ। আবাম্বম খুম্ভানগী কুম শক ১৬১৪ শক্তিক্‌ থাদি যুমশকৈশনা হনএ। অহম্মুপনা সাচিক্রুম নাযএ। কালেন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৩নি থাংজদা মৈতৈ লৈনা কৈথেন থানবী লুফ্‌ত এ। খুমন নিংভোম্বা যু থকনৈএ। ১৭নি থাংজদা খুতোপ সিনলান নাযএ। ২৫নি ঈবাইদা নাহাকপ লান চৎএ। লান যামনা ফাযএ। ২৪নি থাংজদা মাইপা হিদ, হৈবাপচানচিংনা অচোইবা ২মনাচিংনা তুম্মুক নাবা চৎএ। যৌদনা হম্লকএ। ইঙা থাদি থাংজনা হনএ। ৯নি লংমাইচিংদা শিঙ ভাংবম ৫ংবী শিএ। ১১নি ঈবাইদা লাইবাহাম্লবগী থুবা চৌএ। ইংেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। থরান থাদি লংমাইচিংনা হনএ। লংবন থাদি শগোলশেন্না হনএ। মেরা থাদি ঈবাইনা হনএ। ২৫নি কিংথৌকাবদা হাওবমচা শগোলশেনবা হম্পনচি না শগোলশঙনা তিংতৌ নাবা চৎএ। তিযাঙ্গ থাদি থাংজনা হনএ। ৩নি নিংথৌকাবদা তিংতৌ নাকবা থুনৈএ। লান ২১ ফাযএ। ৮নি থাংজদা পোংশংনা অপান নায়এ। নুপী ৬মা ফাযএ। ১৪নি কিংথৌকাবদা নিংথেমনা লৈতাংদা ভা থিনা চৎএ। পোয়ন্ন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২৭নি থাংজদা নিংথেম লমথুমবী ঈ তাইএ। বাসচিং থাদি যুমশকৈশনা হনএ। য ইবেন থা শগোলশেন্না হনএ। অদুদা অবা লাইবাবনা লৈমা নিবা লাকএ। ৭নি যুমশকৈশদা নিংথেমনা কোংবদা ফুনিং ৩নি শুনা ভা থিএ। লমদা থা চহন লনপদা হাংথৈ শা থোনএ। ৬নি যুমশকৈশদা ইবোপ চাথিবা চৎএ। ১০নি লমাইচিংদা থুপৈএ। ২৪নি লংমাইচিংদা বৈথোংদা নিংথেম ভা থিবা চৎএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা ১বক নিংথেমনা মথাংবোমদা ভা থিবা চৎএ। তিংতৌ চীংখোং থৌএ। থুমুকচম মোইবাম্বগী কুম শক ১৬২৫ শক্তিক্‌ থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা নিংথেমনা মথাংবোমদা ভা থিকবা থুংলৈএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা মাইপাম্লাম অচুনবনচিংনা অহম্মুপনা তুম্মুক নাবা চৎএ। মাইম্লামচা অমা শিবকএ। ২৫নি যুমশকৈশদা থুংলৈএ। কালেন থা নিংথৌকাবনা হনএ। থানিন নোং নিংথৌকাবদা অহম্মুপ লোয়শঙ হোঙএ। ২০নি থাংজদা নাহাকপ লোযশঙ হোঙএ। ইঙা

থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ইঙেন থাদি ঈন্নাইনা হনএ। থৱান থাদি থাংজনা হনএ। ২১নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম উক্ষোং ( উপোং ) তোংহ্নদা ইবোংদা হৈনৌ চাবা চংএ। লাংবন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। থানিন নোং নিংথৌকাবদা ৱায়েনবা শেন্নুংবনচিংহ্নুনা উন্নাংপাই লৈমতাক্তা শামু যাবা চংএ। মেবা থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা চিংঙাথমবা পনলিংনাচিংনা লোনতাই নাবা চংএ। চাইরেনগী খোংশাংদা শিবকএ। লাম্দি ৬ ফায়এ। পোযম্ব থাদি ঈবাইনা হনএ। ২৫নি থাংজদা শিজ নোংখোনবম ঙৈরী শিএ। ৱাকচিং থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা চাথবা উন্নদা কৈ উবাবা অমা নিংথেমগী জেম্না ফায়এ। ফাইরেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১০নি য়ুমশকৈশদা নিংথেমগী য়ুমজাও হোৌএ। উপাকনা যুপএ। ২৮নি থাংজদা মী হাংএ হায়হ্নুনা কৈথেল্লা থংনৈএ। নোংমৈনাপনা বৈথেল কাহনএ। ঙম্না কুমহনএ। লমদা থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা মাইস্নাম অচুম্বনবনাচিংদুনা অহল্লুপ-না সোমপুং নায়এ। লান ২ ফায়এ। মোইবাং কোংযাম্বগী কুম শক ১৬১৬ শক্তিক্ থাদি থাংজনা হনএ। ৫নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম চবাইবোংবনচিনা লাইনিং লৌগদবা খিবিকপু চাবহেনলৈএ। নোংনদা লোৌএ। ১০নিদা নিংথেমদা কাবা-খোংদা শামু তানবা চংএ যংদবে। ১১নি লৈপাকপোকপদা পোংবা হক্তবা মোইরেংজাম্বনা অৱাদগী শামু লাবা ১ অমোম অমা ওকল্লবা থুংলএ। ২০নি শগোলসেন্দা অৱা যম কাযএ। শগোলশাই মুনি ৱা হায়দবা অসনচিংনা মী ২২ থোকলকএ। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা অহোঙপুং থোনএ। অনান হাও ১৩ যাবকএ। থৌৱান থাদি থাংজনা হনএ। ১১নি নিংথৌকাবদা উক্কপ খুন নাযএ। লাংবন থাদি থাংজনা হনএ। মেরা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। হিয়াংগৈ থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১৬নি ঈবাইদা লাইৱাহায়বগী ফুরা শঙকায়এ। থাশি নোং শগোলসেন্দা হুমিংপু শানা যংএ। নিংথেম কোম্বা কুমএ। তম্না মঙম তৌবমএ। পোয়ম্ব থাদি শগোলসেম্না হনএ। থানিন নোং শগোলসেন্দা শিক্ত মপুৱা শগোলসেনবা হক্তবা হাওবমচা মোইরাম্বা শিএ। ২৩নি ঈন্নাইদা ঔৱালৈমা লৌবেম্বম চন্থু* চঙখিএ। ২৫নি লংমাইচিংদা নিংথেমনা ৱাইখৌ ঙা থিবা চংএ। ২৮নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম ইকোপ্তা পোরোম

---

*ঔৱালৈমা লৌয়েম্বম চন্থু—লৌয়েম্বম মৱাম্বনা নিংঙোম্বম চচ তমু পামহ্নুনা পুংথোননে, খরিংথোম্বনে, অথোইলে ঔৱা লৈমা হেম্বম্বীনেপোকই।

কাপ্পা চৎএ। রাকচিং থাদি থাংজনা হনএ। ৭নি ঊবাইদা অনান নাবা চৎএ। য়োঁদনা হল্লকএ। যাইবেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৬নি ঊরাইদা অনান লাল্লুম্বা চৎএ। ২৬ নি ঊবাইদা শঙকাইবেন হৌএ। সঙ মথোন ৩ শাএ। শেম্মা[1] ই ওইনা কুপএ। লমদা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। থাশি নোং ঊবাইদা উক্রা হৌএ। নোংথোনবম থোম্মাগী কুম শক ১৬২৭ শক্তিবু থাদি শগোলসেম্মা হনএ। ২১ নি য়ুমশকৈশদা শঙ্গাযবেন শঙবায়এ। কালেন থাদি ঊবাইনা হনএ। ২৯ শগোলসেন্দা পাম্মোইবীগী কৈথেন থোনএ। ইঙা থাদি থাংজনা হনএ। ইঙেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। থৌরান থাদি লৈপাক-পোকপনা হনএ। ২৮ নি লংমাইচিংদা বামোন ৩.শন চঙবা কামদেবমুং চন্দ্র-সেখরমুং ২ মা থোকলকএ। লংবন থাদি শগোলসেম্মা হনএ। মেরা থাদি থাংজনা হনএ। ২৪ নি লংমাইচিদা নিংথেমনা ক্যাম্বথেন্দা শামু ফাবা চৎএ। হয়াঙ্গ থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১০ নি লৈপাকপোকপদা খুরানবা[2] ৮ মারু চিংমুংচুং যৌও হায়না ঊরম ইম্মা থাথশিএ। ১৩ নি ঊবাইদা ইবুংসি অহনগা হাওবম চম্বগা যিম ওইইএ। পোয়ম্ব থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৩ নি শগোলসেন্দা হাওবোংবা কৈক বা লাংচম্মা ভাংথুন লাম্বুম্বা চৎএ। বাকচিং থা থা ভহন নোং শগোলসেন্দা নিংথেমনা সোইচেপ লৈরন ভম্বা চৎএ। ১৬নি ঊবাইদা অনাম্মুপী পাওপা হৈবী ভমা পু অকোযবা ১১ যা বা অমা পুজুনা থোকলকএ। ২৭নি ঊবাইদা খুবাইবমদা তুরেন তৌএ। ১৯নি ল মাইচি দা সোইচেপ লৈনাবা চৎএ। যাইবেন থা ঊবাইনা হনএ। ১০নি থাংচদা অবাম্মুপীনা লীনা থোং শারা মথক্কা নোযবা ভমএ। হিচকাং[3] শঙবা অবিনামুং দী মথক্কা নোযএ। পেৎলান খুন থাইবা নাবাম্বু চৎএ। ১৭নি থা ভদা সঙখুবা শেলুংবগা ভাংবমচা লমলোইগা অনীমানা চিংনা মুংখান খুন থাইবা নাবাম্বু চৎএ। ১৮নি লংমাই-চিংদা অরাম্মুপী চঙখিএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা খুরাইরমদা তুরেন পাম্মোইএ। তুরেন অহু তৌবদা লাইবেন অঙৌবা নচি পান্না অমনা কোম্মুংদা চংখিএ। ননদা থাদি থাংজনা হনএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা ইবোম শাংশম লিনাইবনা নাহাকপ নিংথৌ শেনবদা শীংজ থাঙ য়াওদনা খুৎরাংভানা (খুৎমক্কনা) য়ুমফাও শাগে শীংলাএ। য়ুমফাও কা ৮ত্তবা অমা শাইনোন লোম্মা শাবা ভমএ। নাহাকপ

১ শেম্মা—সেক্কেনা।
২ খুরানবা—ঙবানবা।
৩ হিচকাং—হি থক্কম শঙ।

নিংথৌ শেনবনা নাই[1] ২ বাশা শাইএ[2]। চহী ৩ সুনা থৌনাইহনদে। অশাংবম অরোইগী কুম শক ১৬২৮ শক্তিফু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২৮নি লংমাইচিংদা চোথে লম য়েংএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ইঙা থাদি শগোলসেন্না হনএ। ২৪নি থাংজদা চীংকোন্দা কৈ ২ চনএ। অমদি তন্না কায়এ। অমদি নোংমদা কায়এ। থাশি নোং শগোলসেন্দা কৈ অমা শৌ কাপনা কায়এ। ইঙেন থাদি ঈরাইনা হনএ। হাওতন্দা কৈ অমা কায়এ। কোনসমচা অমা কৈনা চিক্কুনা শিএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা অরা কিয়োং[3] শাবা হৈবা থোনকএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা কালিকাগী কিয়োং হোৎএ। ইঙেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১১নি য়ুমশকৈশদা কোম্বা য়িমকমদা কৈ অমা কায়এ। থবানথা থা অহন নোং শগোলসেন্দা চীংগোন্দা কৈ অমা কায়এ। ২২নি লংমাইথিংদা লংমাইচিংগী তময়াদা কৈ অমা কায়এ। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৯নি য়ুমশকৈশদা কৈশুমলম্ভদা কৈ অমা চঙচুনা ঙাইথোংনা কাবনএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা করেংগী কৈশুমদা কৈ অমা কাবক্কুনা কৎলাএ। ১৩নি য়ুমশকৈশদা কুমংদা কৈ অমা কাবনএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না হনএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি থাংজনা হনএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম মহাস্থনা তম্পাক লৈবিটেদ, শিজ অহন পোবএ। পোয়ন্থু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১০নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম শিজ উকোং (পোং) তোংচুনা ইকোপ্পা ঙা থিবা চৎএ। বাকচিং থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১০নি ঈরাইদা য়ুনজাওবু চেক্কা উপাকনা মালহৌনাএ। কাইরেন থাদি শগোলসেন্না হনএ। লমদা থাদি থাংজনা হনএ। ১৬নি থাংজদা শনথিনবা শেলুংবা পনশানচিংনা পেৎলান নাবা চৎএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা থুংলৈএ। বামোন মনিগী কুম শক ১৬২৯ শক্তিফু থাদি লংমাইচিংনা হনএ। চিংবাদা য়োং য়ামনা কায়এ। ৩নি লৈপাকপোকপদা য়োং চেনখিয়ে। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৯নি ঈরাইদা কুক্কগী কিয়োং হোৎএ। ইঙা থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা কিয়োং শাবম্মং অহুইঙ হোৎএ। ইঙেন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা কালিকাগী কিয়োং চোৎএ। থবান থাদি থাংজনা হনএ। ২নি লংমাইচিংদা জুগ্যু লৈহেন্নৈএ। ১৭নি থাংজদা থাজদা ঙা চানবা চৎএ। লাংবন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা থাংজম

১ নাই অনী—মীনাই অনী।
২ বাশা শাইএ—কোংএ।
৩ কিয়োং—কুম্বা, লাইশঙ।

চষ্নুনা ইবুংঙো রাংথৈরাকপা[১] পোকএ। ২২নি লংমাইচিংদা ভারংয়ানদা কৈতমদা কৈ অম। চঙহুনা ফাররকএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা নিংথেমনা বাংঙ্দা শা তানবা চংএ। শা ৩০ ফায়এ। মেরা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৩নি যুমশকৈশদা নিংথেমনা অচাম্বীকৈগী যুমফমদা ওকলাবা ৯ ফায়এ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা থা শানা ফংএ। হিয়াংগৈ থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৫নি লংমাইচিংদা মনাশিজগীদমক মুংখন নাবা চংএ। থানিন নোং শগোনশেন্দা স্না শাবা কৈকুংবনচিংহুনা অশোং থুন থাইবা নাবা চংএ। পোয়ন্থু থা অহন নোং ঈবাইদা লাইগী শক্লাদ নথোন ওভবা শাইএ। বাক্চিং থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ফাইরেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৩নি থা ভদা ভাংবমচা লমলোইনচিংহুনা তুম্ভক নাবা চংএ। ক্ষেত্রি পৈরাবি শিবৈএ। লমদা থাদি যুমশকৈশনা হনএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা থা শানা যংগন হায়ববু ফংদবে। হৈস্নাম অতোনগী কুম শক ১৬৩০ শক্কু থা পা অহন নোং ঈবাইদা মনাশিজগী যুমথৈ হৌএ। ৭নি শগোনশেন্দা নি তেন ৭ জদা ভা চানা কুমএ। ৯নি থাংজদা ভাংবমচা নোংপোকদা মানশৈন শিএ। ২০নি যুমশকৈশদা চোংথা এঙ্গ্রেম্বনা উক্রোং উতুপা চংএ। ২৩নি থাংভদা নিংচংরাদা কৈ অমা ফাযএ। নোংমদা চিঙ্গোন্দা কৈ অমা ফাযএ। পাংলন থাদি থাংভনা হনএ। ৭নি ঈরাইদা উক্রোং থুংলয়ে। ১০নি নিংথৌকাবদা উক্রোং যুংএ। শিজ ভাইখোং ভম্বীনা উক্রোং হোভএ। ইঙা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১০নি যুমশকৈশদা পাঙ্খোইবীগী উক্রোং হোঙএ। ১২নি ঈরাইদা কালিকাগী কিয়োং শঙবায়এ। ইঙেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২নি যুমশকৈশদা কা লকাগী ফুবা কিন্থএ। মী ৩ নলএ। মী অমদি শিএ। মী ২দি হিংএ। ৪নি ঈরাইদা অবা কিযোং শাবা চঙখিএ। থবান থাদি যুমশকৈশনা হনএ। লাংবন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ২নি ঈরাইদা চিংভাখনবা লাইরা থিবা শিএ। ২৯দি শগোলসেন্দা শরোংথাইবা অপোংবনা স্নায়ানদা হিয়াংয়ানবা চংএ। থাশি নোং ঈরাইদা অবা চঙবা বামোন লোখোন থুংলয়ে। তম্না হুমিংপু শানা ফংএ। হিয়াংগৈ থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা বাংঙ্গী

---

১ ইবুংঙো রাংথৈরাকপা—থমলাং পামশবা রাংথৈরাকপা—মৈদিংঙু চরাইরোংবনা থাংজম চঙ থবাওবী পায়হুনা থমলাং পামশাবা রাংথৈরাকপগা মুংয়াবা থুরায়রাকপা মনশাই অতোমগা মচা ইবুংঙো অনী পোকই। থমলাং পামশবা রাংথৈরাকপনা শাংপম চঙ্গা থাময়ন চঙ্গা ২ পায়হুনা শাংপম চঙনা থরশাই পোকই। থাময়ন চঙনা গোবিন্দশাই পোকই। থরশাইদি শোইনাইদে।

শন্দংথোংদা শিজ ঙাইথোংচম্বীনা কাইখিনবা চংএ। ৯নি নিংথৌকাবদা নিংথেম শিজ চংএ। ১১নি যুমশকৈশদা কাইখিনএ। ১৪নি থাংজদা নিংথেম থুংলএ। পোযম্ থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১১নি ঈবাইদা খুমজংগী যুম অচিনবা খিবিকপু হোংদোকহনএ। মংম্ হোংহনএ। থাকচিং থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা লংমাইচিং মখোংদা কৈ অমা ফাযএ। ৯নি ঈবাইদা খোম্বিদোকী কাইরং পোকপীদা কৈশাল উ কাবা অমবু নিংথেমগী মথংনা ফাযএ। ফাইবেন থাদি ঈবাইনা হনএ। লমদা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। লাইগী বংলা মথোল ও তবা শভকাযএ। ১১নি যমশকৈশদা যুমজাও হৌএ। থৌক্লাউচম খুনডমগী কুম শক ১৬৩১ শন্তিবু থাদি যমশকৈশনা হনএ। ৭ নি লৈপাকপোকপদা নিংথেমনা ভুস্তুক নাবা চংএ। ক্ষেত্রি কেবাকি মকোক লৌবনএ। লান ১৫ ফাযএ। যোইবেনগী তাওবিবাম্বুং কংলো লৈযুক্তংবা অমম্বুং অনীনা বু পিংত্রুনা[1] শিহৌএ। ১৭নি ঈবাইনা নিংথেম থুংলাএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা ম্লাশাবা কৈক বনা শেনভাওপান নাবা চংএ। যোদনা চল্লকএ। ১৯নি যমশকৈশদা নিংথেম শিজ শেরৌদা কম যেংবা চংএ। কালেন থাদি ঈবাইনা হনএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম থুংলএ। ইঙা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৮নি লংমাইচিংদা লাইলা হাযবগী শঙ্গায শঙ্গাযএ। ইডেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৭নি লংমাইচিংদা মৈদিংঙু চরাইরোংবা নোং কাএ। যম্বান্দা চহি ১৬নি। পুন্সিদি ৩৭ তা নো থৌ কাএ। ২০নি ঈরাইদা শিজ ম্লাপোকপাগী শুনংডনা কৈ অমা ফাযএ।

৫০

## মৈদিংঙু গরিবনবাজ

থবান থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২৩নি যুমশকৈশদা মৈদিংঙু মযাম্বনা[2] চহী ২০ দা যম্বাল কাএ। লাংবন থাদি যমশকৈশনা হনএ। ১৩নি

---

১ বু পিংত্রুনা—বু ঊাঙ্গুনা।

২ মৈদিংঙু ময়াম্বা (গরিবনবাজ)—তবী চরাইরোংবনা শাংপম চম্ নোংপিন চাইবী (হুংখিল চাইবী) লোচুনা ইংশোক ১৬৯০ গী পোইষ্ট ২২নি পানবা থাংজা চুম্বিংডা গরিবনবাজ পোকই। খৃঃ ১৭০৯ থবান ২৩নি যুমশকৈশদা যম্বাল কারগা ইংশোক ১৭৩৮ কালেন ১০নি পানবদা মচাইযুংডা চিংশাইদা নিংথৌ খুডম পিম্বখি, অদুগা মহারাজ অসি ইংশোক ১৭৫১ পোযম্ ২৬নি পানবদা নোংগাখি। মহারাজ অসিনা অরা লৈবাক জয় তৌরখি, তংখেন মরাং চমলখি।

নিংথৌকাবদা শলাম অপাং য়াদোংএ। মেরা থাদি ঈবাইনা হনএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি থাঙজনা হনএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা শিঙ্গ ময়া শেলুংবা হাওবমচা অকোংনচিংদুনা খুংলাই নাযএ। ১২নি শগোলসেন্দা থুংলৈএ। লান ২০ ফাযএ। পোয়নু থাদি নিংথৌবাবনা হনএ। য়াকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৩নি লংমাইচিংদা অচৌমগী শৌপোনবাদা কৈ অমুবা অমা ফায়এ। শিবাইবা হনবগী মনাও কৈনা চিক্কুনা শিএ। থাংজমচাম্মুং কৈনা চিকএ। ফাইরেন থাদি শগোলসেম্মা হনএ। থানিল নোং শগোলসেন্দা থা শানা ফংএ। লমদা থাদি থংজনা হনএ। ২১নি ঈবাইদা নিংথেম চবাইবোংবগী লুপুং থেনএ। মুংশিং হাকনা শিংএ। উ য়া হনথেকএ। চাক পুবা ভনীবু উ চেক-পনা শোনএ। থৌদান খোংজোনগী কুম শক ১৬৩২ শড়িকু থাদি নিংথৌবাবনা হনএ। ৫নি ঈবাইদা শঙ্গাযরেন হৌএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৫নি থাংচদা নিংথেম শিঙ্গ ইহাংবাইনা লম য়েংএ। ইংচা থাদি শগোলসেম্মা হনএ। ৩নি থাংচদা খুঙ্গাওবা শঙ নমংডদা ফমজুনা নিংথেম শিঙ্গনা অশোন অনা খিবিকপু কৌ নোনবিয়ে। ১৭নি ঈবাইদা শঙ্গায়রেন শঙ্গাযএ। ইঙেন থাদি ঈবাইনা হনএ। হৈগোম লেম্বনাই চাশিংবনচিংনা শিঙ্গ মেইতৈ লৈমবু পোংথেম্বা ৭মা থাদোকএ। থবন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা চীংথৈ লৈকিম্বাএ। ১৬নি শগোলসেন্দা নিংথেম শিঙ্গ পাশোইদা থনচেং চানএ। লাংবন থাদি নিংথৌবাবনা হনএ। শিঙ্গ ময়া শেলুংবনচিনা ভম্পু নাবা চংএ। ১৯নি ঈবাইদা ভম্পাক শিজনা শিঙ্গ অতোন পোনএ। মেরা থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৯নি শগোলসেন্দা লৌবেম্বা শেলুংবনচিংদুনা নাহ বপনা খুংথন নশেন নাবা চংএ। ২৫নি থাংজদা থুংলএ। লান ১৬ ফাবকএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি শগোলসেম্মা হনএ। পোয়নু থাদি ঈবাইনা হনএ। য়াকচিং থাদি লংমাইচিংনা হনএ। লৈশাংখোংদা লাইহারায়বগী[1] মুং খিলএ। ফাইরেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। থানিন নোং নিংথৌকাবদা থা শানা ফংএ। পুম্না য়োংএ। লমদা থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ২৪নি লংমাইচিংদা লাইকংলা থাংপোক কুমএ। য়াখৈরাকপম কোয়াম্বগী কুম শক ১৬৩৩ শড়িকু থাদি ঈরাইনা হনএ। অদু মুনিংতা লাই কংলা হৌএ। ২২নি ঈবাইদা কংলা শঙ্কায়এ। কালেন থাদি থাংচনা হনএ। ১৬নি লংমাইচিংদা পাওশোন অকোনবনে। থবান থাদি ঈরাইনা হনএ। থানিন নোং ঈরাইদা

১ লাইহারায়বগী—সনামহীগী।

নিংথেম মচা ইবুংঙো[1] অহন পোকএ। লাংবন থাদি থাংজনা হনএ। ১৪নি ঈরাইদা লাইনিংথৌ ময়াম্বা[2] চহী ২২দা না য়াৎলে। মেরা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। হিয়াঙ্গৈ থাদা নিংথেমনা হি তোংএ। আথাম ভাইথোম্বগী কুম শক ১৬৩৪ শক্তিবু থাদা লাইত্রম লুকোক অমিংনা পাওবম চাওবা ৩ মক্না মীহাৎলে হায়বগী হাংনাএ। চাওবদি থাংজিংদা চঙনা পিএ। কালেন থাদা শিজ খূরাইলৈমা ময়াম্বী লুহোংএ। ইঙা থাদা কোনোক অনৌবা চন্দ্রসেখবু অথেল লম চঙখিববু খুগা মপান তোর্বুংদা হাওরোংবম মায়চৌনা হাৎএ হায়তুনা অঙম্বা খৈবিক যাকোংএ। ইঙেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২৮নি লংমাইচিংদা শিজ ময়া শেলুংবা অকোংনচিংতুনা তোবপা খুন নাবা চৎএ। খুনযাই মৈ থাযএ। লান য়ামনা ফায়এ। নোংকৌ খুননৌগা থোনম্বগা ২মনা লমথাংদা থৎঙমতুনা মৈতৈবু থুগায়রএ। লান য়ামনা শিবে। অহল্লুপকী চিংখাম কিয়াম্বা হাওদৈজম খোম্বা, খোইতোংবম চাওবা ৩মনা চিংতুনা মী ১৯ শিএ। ৩মদি থয়াং লোন চনএ। লান্দা শিবা মী খিবিকপু নিংথেমনা ভমনা পোৎলোইখিএ। মেবা থাদা উজ্রা হোঙএ। য়াকচিং থাশি নোংদা ময়িৎপু শানা যংগনি হায়ববু মাইবা হনবা নমবোনবনা থামতুনা তৌদবে। কাইরেন থাদা অহল্লুপ লাকপা হাওবমচানা য়োনচা কামন্দা কংলাগী ভয়েং চিংবা[3] চৎএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২৬নি ঈরাইদা হাওবম শেলুংবনা কোকচাইদা শা শেমএ। নিংথেম শিজ যাওনা শা তানবা চৎএ। ভাংলোম (ভাঙোম) চাওবগী কুম শক ১৬৩৫ শক্তিবু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২৬নি ঈরাইদা কম্বাল লান শাচুং নাবা চৎএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৮নি ঈরাইদা ইবুংঙো লোইযুম্বা য়াইমা[4] শিএ। ইঙা থাদি শগোলসেন্না হনএ। ইঙেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৬নি ঈরাইদা নিংথেম মচা শ্রীচাইবা পোকএ। থাশি নোং নিংথৌকাবদা লম্বান খুদিংদা উজিংহনএ। থৱান থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। মেরা থাদি ঈশিং চাওএ। য়ুম থায়না মমাঙৈঙদা থুমদাবা ভমনা থুমএ। ফৌ চাহৈদা লাকএ। পোয়ন্থু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। নিংথেম লম থোকপগী ঈ তাইএ। কাইরেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ইরোম কোইচোম্বগী কুম শক ১৬৩৬ শক্তিবু থাদি ঈরাইনা

১ মচা ইবুংঙো অহন—স্তাবশাই খুরাইরাকপা।
২ লাইনিংথৌ ময়াম্বা—গরিবনবাজ মহারাজ।
৩ কংলাগী ভয়েং চিংবা—কংলাগী হুমীরেন চিংবা।
৪ ইবুংঙো লোইযুম্বা য়াইমা—গরিবনবাজ মহারাজগী মনাও ই বুংঙো।

হনএ। ২১নি শগোলসেন্দা শিজ ঙাইথোংঙম্বীগী শামু তিকপা[1] চঙখিএ। ২৭নি শগোলসেন্দা নিংথেমনা ঙারিযানম্বুং তাকনাতাম্বুং শা তানএ। শা ৬ কায়এ। কালেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৪নি যুমশকৈশদা ন.লেন্দা কৈ অমা ফাযএ। ৮নি লংমাইচিংদা নিংথেম শিজ নাতুম চীংদা লম যেংএ। অহৈবা অবাংগী নাতোক তাওবম সেবন ২মনা শেনচাও থুম থাইএ হাযত্থবা মথূং ককএ। ২০নি ঈবাইদা নিংথেমনা তেংনৌপন যৌনা লম হাইএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা মুরা নিংথৌদা কৈ অমা ফাযএ। ২৭নি ঈবাইদা সোপোনবাদা কৈ ৩ ফাযএ। ইংঙা থাদি নিংথৌকপ্পনা হনএ। ৬নি থাঙজদা শিজ স্নাবোকপী শিএ। ইংঙেন থাদি যুমশ-কৈশনা হংএ। ৮নি থাংজদা নিংথেমনা উগ্রা মমাঙদা ফমত্থনা যে তাইএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা মবেনশিঙগী চঙানকৈদা নিংথেন বুমনা ফৌ থাইএ। ২৭নি ।- থৌকাবদা নিংথেম স্নথোঙগী নুংদা ফনত্থনা অশোন মনা থৈবিকপু থাক্তনা[2] ফা যেনবিযে। থবান থাদি শগোলসেন্না হনএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম শিজ চুনাচাক চানৈএ। তৌবাংবম মইতেকপু যৈদা শেমএ। লাংবন থাদি থাংজনা হনএ। মেরা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। হিযাঙ্গৈ থাদি লৈপাক পোকপনা হনএ। ১০নি শগোলসেন্দা শলাম অপাংনা কাবো, নোংঙাপোক নাবা চংএ লান ১ ফাযএ। ১১নি থাংজদা শিজ মযা শেলুংবা অকোংনচিংত্থনা মহৌ নাবা চংএ। লান ২৯ ফাযএ। পোইন্তু থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ১০নি ঈবাইদা শনখিনবা কৈকংবনা শামু তানবা চংএ। থানিন নোং যুমশকৈশদা থা শানা ফংএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম শিজ খমলেনপাতা পোবোম কাম্বা চংএ। ৫৫০ ফাযএ। বাকচং থাদি ঈবাইনা হনএ। ২২নি ঈবাইদা শিজ মযা থবোংনচিনা শেক্তাদা পন শাইএ। শিজ মপুবা অতোন কোংযাম্বন-চিংনা শোইচেপ কমেংদা পন শাইএ। শাংপম মোইবাম্বনচিংনা বোইন্দ্রদা পন শাইএ। হাওবোংবম কৈঅংবনচিংনা বাইকোক্তা পন শাইএ। ফাইবেন থাদি থাংজনা হনএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২৬নি ঈবাইদা নাওরোইবম মুংযাম্বনা স্বপোং থোম্বা চংএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা নিংথেমনা তাক্লাদা শা তানএ। তম্না নিংথেম শিজ যাওনা শিউং চেননাইএ। নাতুবা কৃষ্ণদাস নতিযাতকি লাক্তনা থুংলৈএ। অশাংবম হাওচৌবী কুম শক ১৬৩৭ শক্তিক্ত থাদি

১ তিকপা—মমল ঙাঙনবা, লৈবা।

২ থাক্তনা—চিথনা।

য়ুমজাও হৌএ। ৭নি শগোলসেন্দা কালিকাগী কিয়োং[1] শঙ্গায়এ। হাইন্নাম লাইবগী কুম শক ১৬৩৯ শক্তিকু থাদি থাঙজনা হনএ। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ইঙা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৩নি শগোলসেন্দা শিজ মনাও খম্বু লাইবাহায়বদা শামু তোংহ্নুনা থিনথৈএ। ইংগেন থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৩নি ঈরাইদা শঙ্গায়রেন হৌএ। থৌবান থা থা অহন নোং ঈরাইদা বাংথৈ মায়মুপা নোংথোনবম অতোনগা ভাংথুন ঈতোক লোইমুন্নবগী লান শোকনৈএ। ৬নি য়ুমশকৈশদা শঙকায়রেন শঙকায়এ। ১১নি নিংথৌকাবদা লাইয়িংথৌ হনবদা কৈ অমা কায়এ। লাংবন থাদি থাঙজনা হনএ। থানিন নোং থাঙজদা মৈতৈ লৈমা হাওবম চন্থু মযাংভম্বী থৈথাইএ। মৈতৈ লৈমা ভাংপম চন্থু পাঙ্গা কৈথেন থানবী কম্বাল কায়এ। মেরা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৫নি ঈরাইদা মোংবহনবগী উমংদা[2] থোংনাং অমা মপান মরা লোয়ননা তুরবতু মথন্না হৌগংখিএ। থানিন নোং নিংথৌকাবদা থা শানা ফংএ। ২৬নি ঈরাইদা লাখমগা লাপোনগা সমসোক মৈ থাগে হায়না লাকচবা শানা কোনতোং মৈ থায়এ। থা অত্তুগী থাচিন্দা গুরু গোপাল দাসদা নিংথেম্মচিংনা লাইমিং লৌএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি লৈপাক-পোকপনা হনএ। ১০নি শগোলসেন্দা কাবো কোপেংনচিংহ্নুনা ঈরম তাবনা হিরু কোনবা ২ চিংএ। পোয়ন্নু থা থা অহননোং[3] শগোলসেন্দা লাইয়িংথৌ রাহায়বব[4] মতু মনাই য়াওনা লৈমা য়াওবা ওইনা দোলাইবু ফি লৈ শঙবনা কোয়হ্নুনা চঙখিএ। ৭নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম নয়াম্বনা[5] সমসোক লান নাবা চৎএ। হাওবমচা শেলুংবনা তম্না মফেৎ লমনান নাবা চৎএ। ১৪নি য়ুমশকৈশদা হাওবম শেলুংবনা তম্না নাস্তা থুগায়রে। খুনয়ায় মৈ থায়এ। লান অচঙবা ৩ থানা ৫৪ কায়এ। নিংথেমদা হাওবমচা শেলুংবনা পাউ তমলে। তম্না পনয়া পকএ। পনয়াদা হাৎনরে। থাঙশাবা হিদং থাগোকপনচিংনা মী ১০ নোংমৈনা পান্দুনা শিএ। উন্নুংতা থুন্নাকপনচিংনা অরালৈমা ওকপা ঈপান্দা[6] নিপা অচঙবা

১ কিয়োং—লাইশঙ, ফুরা।

২ মোংবহনবগী উমং—মহাবলী উমং।

৩ থা অহন নোং—নোংমা পানবা, শুক্লা প্রতিপদ।

৪ লাইয়িংথৌ রা হায়বা—সনামহী।

৫ নিংথেম নয়াম্বা—গরিবনবাজ মহারাজ।

৬ ঈপান্দা—ঈশিং মরাদা, ঈশিং মপান্দা।

৯০ নূপী ১১ ফাবকএ। ঙাংবমচা কৈরুংবা শিজ মপানা[1] তরাও খুন্দোন ১৩ ফাবকএ। রাকচিং থা ২নি থাঙজদা নিংথেম থুংলৈএ। লান্দা শিবা মী খিবিকপু নিংথেমনা পোৎলোইবিএ। ২২নি ঈবাইদা বামোন হুজবগা ক্যামগৈ অবাংবগা লাংলোংদা তেথাও পাউহনবা চৎএ। ফাইরেন থাদি নোংমাইচিংনা হনএ। থানিন নোং[2] নোংমাইচিংদা অবা লান কাস্নকএ হাযদুনা নিংথেমনা লান চৎএ। অবা লান শোকনৈএ। হাওবম পুস্রনবা মযোনওস্বস্থ শিএ। অবানা খোমলবদা পোলিবা[3] লমথোকনা শগোল তোংদুনা থুগাযএ। নিংথেমনা লমথোকপু অরাবা থৈবিক কোকপিথিএ। ২৩নি নিংথৌবাবদা নিংথেম থুংলএ। অবা ১৫৭ কাযএ। নোংমৈ ১৬০ শগোল ১০ লোকএ। লমদা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। তাংখুন লাইবম পুন্নমকপু নিংথেমনচিংনা অঙম্বা খিবিকপু মতাও শাস্লস্লে৹ সমসোক নাশে থেমএ। সাইবোন পনশাগী কুম শক ১৬৪০ শক্তিযু থাদি যুমশকৈশনা হনএ। থানিন নোং যমশকৈশদা থা শানা যংএ। ১৯নি লংমাইচিংদা ঙাংবমচা কৈকংবনচিংনা সমসোক লাল্লুম্বা চংলে। হাওবমচা পুস্রম্বস্থ পোৎলোইএ। কালেন থাদি ঈবাইনা হস্লে। ১৮নি নিংথৌকাবদা ঙাংবমচা কৈকংবা থুংলৈএ। লান ৭ ফাবকএ। হাওবমচা অহল্লুপ লাকপনচিংনা[4] সমসোক কৌ কোযথোকপা চৎএ। ২৯নি ঈরাইদা চি ঙাদা কৈ ১ যাযএ। যাইস্কুলনা কৈ ঈস্নেএ। কৈফাপুং থোনএ। ইংঙা থাদি থাঙজনা হনএ। ৫নি যুমশকৈশদা হাংবমচা অহল্লুপ লাকপনা লান ৯ ফাবকএ। ইঙেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১২নি ঈরাইদা হাওবমচা শগোলশেনবা হুজবগা শাংপমচা শেলুংবগা সমসোক লাল্লুম্বা চৎলে। ২৩নি লৈপাকপোকপদা থুংলৈএ। লান ৪ ফাযএ। থৌবান থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৫নি নোংমাইচিংদা মৈতৈলৈমা পাংগা বৈথেন থানবীনা[5] স্নাহল[6] পোকএ। লাংবন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৯নি ঈবাইদা মাইপা থিযাম শেল্লুংবা পূকচাওনচিংনা সমসোক লৌযাম পাযবা চৎএ। লান ২ ফাযএ। মেরা থাদি ঈবাইনা হনএ। থানিন নোং ঈরাইদা থা শানা যংএ। ২০নি যুমশকৈশদা লাইবিক যেংবা চাওবাশী ই খোন্দা কৈ অমা

১ শিজ মপা—মহারাণীগী মপাবু।

২ থানিন নোং—তরামওানি পানবা, পূর্ণিমা চুমিৎ।

৩ পোলিবা—পোলেম মচা, পোলেম শাগৈদা পোকপা নিপা।

৪ কুম্বাবা লাইরিক অমদা অহল্লুপ লাকপা হাযদনা তু হাওবমচা শেলুংবা হাযনা ই।

৫ মৈতৈ লৈমা পাংগা কৈথেন থানবী—ভাংব চহ মহারাণী।

৬ স্নাহল—সনাহল মুযারি।

ফায়এ। হিয়াঙ্গৈ থা থা অহন নোং থাঙজদা অঙৌপানবা লমফেন ডম্বা শিএ। থানিন নোং থাঙজদা যুমজাও শাইএ। ঈশিংসুং হকনা চাউএ। পোয়ম্ব থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। বার্কচিং থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ১২নি লংমাইচিংদা শিজ শৌগাইজম ওবী পোকএ। ফাইরেন থাদি ঈরাইনা হনএ। লমদা থাদি থাঙজনা হনএ। ২নি লংমাইচিংদা যুমলেম্বা ডাংবম কৈরংবা, শনখিনবা কৈরংবা, হীদাকফু ফানবা করো কোপেং শাংপম শেলুংবা লানলম ৫মানা সমসোক লানলুম্বা হান্না চংএ। লান অচঙবা ১৪ অশিবা ১০ ফাউমএ। ৫নি যুমশকৈশদা নিংথেম চংলে। ২৪নি দি থৌকাবদা পনথা পকএ। নোংমতা শোক্লএ। অংনবা হিদং লাইবেন যুবনচিংনা মী ৩১ শৈনাইএ। ৫দি লম্মৈদা শিএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম থুংইএ। লান ২৫ ফাখএ। ৮নি নিংথৌকাবদা লাইবেন মুবা শিএ। ১১নি শগোলশেন্দা শিংজমৈদগী চৈনা তুরেন পান্লোইএ। কৈবাথোংসুং পান্লোইএ। অঙৌবা থোংসুং মখিন চেংএ। নাকা থিংডেনম্ব কৈয়া থিংডেনম্ব থিংএ। হাংইবম বিয়াম্বগী কুম শক ১১৪১ শক্তিফু থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। হাংবমচা পুথ্রম্বগী লুনচিংনা লৈংাক পুয়মক লু তৌএ। কালেন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ইঙা থাদি ঈবাইনা হনএ। ৮নি ঈরাইদা শগোল মঙ্গল শা অমনা শগোল ১০ পীযু কাংইনএ। লোকলাওবুং নপাগী তুবেন থিংলেন তৌফাংলে। ইঙেন থাদি নোংমাইচিংনা হনএ। থবান থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৪নি যুমশকৈশদা নিংথেম নংবম্না লমথোঙ ৪ মাতা চাক ডা যোমহুনা অথাম্বা খিবিকপু পীরেএ। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা থা শানা কংএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না চল্লে। হিয়াঙ্গৈ থাদি ঈরাইনা হনএ। পোয়ম্ব থাদি নোংমাইচিংনা হনএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা শিজ থুবাইলৈমা পোকএ। বাকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। চিংমৈরোংদা কোংবজম লমথোকপু কৈনা চিক্কনা শিএ। ২৬নি থাঙজদা ইপি বায়েনবিনা মচাইবুংঙো পোকএ[১]। লাইপাগ্রা মথক মখা পান্লোইএ। ফাইরেন থাদি যুমশকৈশনা হনএ। থাদি নোং শগোলসেন্দা হুমিংপু শানা কংএ। লমদা থাদি ঈবাইনা হনএ। ৭নি শগোলসেন্দা তোনবগা কোংবগদা হবাউলৌ ঊএ। ১১নি নিংথৌকাবদা শঙ্গায় যুনজাও মৈ হৌএ।

---

১ ইপি বায়েনবীনা মচাইবুংঙো পোকএ—মৈদিংগু গরিবনবাজগী মনাও ইবেম্মা বায়েনবম চম্ব গোমতীনা মচা ইবুংঙো (চিৎশাই) পোকএ।

লৈপাকপোকপদা হাওবমচা পুরনবগী হৈপোক্তা পুত্রী হোওএ। নিংথেম থুংলৈএ। ১৭নি ঈরাইদা লাইরাহায়বগী লৈশাংখোংদা শঙ নম্বোনবা হৌবা নিংথেম কুমএ। ইংঙা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৮নি লংমাইচিংদা কপোগা পাংঙনগা লান শীংনহ্না পাংঙনগী লানচিংবদি হাওবমচা পুরনবনা চিংএ। সমসোক নাবা চংএ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা থুংলৈএ। লান ৬৭ ফায়এ। ইংঙেন থাদি খুমনকৈশনা হনএ। লৈশাংখোংদা শঙ নম্বোনবা শঙকায়এ। নিংথেম কুমএ। থবান থাদি শগোলসেন্না হনএ। ঙাংবমচা কৈরংবনচিংনা কবোনা সমসোক নাবা চংএ। য়োদনা হল্লকএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা নিংথেম কুমহ্না নিংথৌপুংবন্দা কৈ অমা চনএ। নোংথোনবম চাওবাগা যাইথিংবম চেকশাগা ২ মাবু কৈ ত্যারহনএ। কৈ কায়এ। লাংবন থাদি থাঙজনা হনএ। মেরা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২৯নি লংমাইচিংদা ঙাংবম কৈবংবনা চিংহ্না নগোনা সমসোক নাবা চংএ। হিয়াঙ্কৈ থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। শংপম মেইবাদা শেলু বনচিংনা সমসোক কৌ-য়ৈবা চংএ। পোয়ন্থু থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৫নি নিংথৌ-কাবদা শিজমপা[1] য়াইস্কল লাকপনচিংনা খুম্নাই হুপনা সমসোক যৌ-য়ৈবা চংএ। লোইতোংবনগী ভাংবা থনবস্থং মাইবা নুংয়ানগী ইনিংদা মীনা হাত্নুনা শিএ। থানিন নোং শগোলসেন্দা সমসোক যৌ য়ৈবা থুংলএ। লান প্রশিল ৫ অচঙবা ৫ ঙুপ্পা লান ১০ কাবকএ। নেংন্দা লাইখিংথৌ নোংশাংগী[2] পুক্রী শঙাইপ্রৌদা হোঙএ। নিংথেম কুমএ। লংমাইচিংদা হাওবো বমচা গ্যাটবাকপা লমনেম চহী ৯৫দা শিএ। রাকচিং থাদি ঊনাইনা হনএ। ৮নি ঙগাইদা পুক মহন্তবু চিংঙাদগী থংবিচেংদা থিনবিরুএ। থানিন নোং ঊবাইদা থা শান্না যংএ। পূমনা য়োংএ। কাইবেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ঊশবা শেলুংবা কোপেংনচিংনা সমসোক নাবা চংএ। ২৫নি নিংথৌ-কাবদা থুংলৈএ। লান ১২ কায়এ। পুথেম ইথাইগী কুম শক ১৬৭৪ শাতিক্ক থাদি খুমনকৈশনা হনএ। ৫নি লংমাইচিংদা পোংশংবা হিদং থংজমচা চেকশান-চিংনা[3] সমসোক লান্নুবা চংএ। কালেন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা কুক্কগী কিয়োং হোঁএ[4]। ইংঙা থাদি থাঙজনা হনএ। ইঙেন থাদি

১ শিজ মপা—মহাবাণীগী মপাবুং।

২ লাইখিংথৌ নোংশাবা—লাই নোংশাবা।

৩ থাংজমচা চেকশা—চেকশা চক্রপানি, মমৈথংদা নোংথোমবা ওইখি।

৪ কুক্কগী কিয়োং হোঁএ—কুক্কী লাইনঙ শাবা হোঁএ।

য়াগন্নুসে হায়দ্রুনা শীদোকএ। ২৪নি শগোলসেন্দা ফম্বান্দা শিজ খূরাইলৈমা পোকএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না হনএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি থাঙজনা হনএ। থানিন নোং ঈন্নাইদা লাইনিংথৌ নোংশাবা, য়িনথৈ লাই, পাম্মোইবী, ভাইবং খাইবা[1] ৪নাদা বামোন ঈন্নাংপা চঙহল্লে। ২৯নি ঈন্নাইদা স্নাসাবা নাহারুপ লাকপগা, হীদাকফু ফানবা হিদং কোপেংগা ২ মানচিংনা ভখেন নাবা চংএ। অঙোমচা লমদাবা শিএ। পোয়ন্থু থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১৭নি লৈপাপোক-পদা পুক্রমদা মৈতৈ তেংগোনবু ভখেন্না চাইথায়য়ে। লংমাইথেম কিয়াম্বনচিংনা মী ২০ শিএ। শাংপমচা পুখ্রনবনচিংনা ভখেন নাবা চংএ। কৈরোই হুপনা বাইথৌ থিংলেন থিংএ। নোংমা য়ুমশকৈশদা নিংথেম ভখেন নাবা চংএ। ২০নি ঈন্নাইদা নিংথেম ওংলকএ[2]। বাকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১২নি ঈন্নাইদা অরানা চিংলম ঈরম লাল্লম অনী ওইনা লান কাররকএ হায়দ্রুনা শন থিনবা বৈরুংবনচিংনা অবা লান তানবা চংএ। থানিন নোং নিংথৌকাবদা অঙৌপানবা কোনখোম্বা[3] ফম্বাল কায়এ। ২৬নি য়ুমশকৈশদা অরানা ননথৈ চীং মতোন্দা তেঙ্গোন শায়ে। ২৮নি লংমাইচিংদা নিংথেম অবা নাবা চংএ। থাশি নোং লৈপাকপোকপদা বাংজিং লৌবুক্তা খোঙফেন হান্নহুনা[4] ভরোক চাইথায়য়ে। শামু অঙ্গমচিংনা লান অচঙবা অশিবা থাদা ২০০০ ফাবৌএ, ফাইরেন থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৪নি থাঙজদা নিংথেম থুংলৈএ। ৬নি নিংথৌকাবদা ভখেন নাবা চংএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা নিংথেম চংএ। ভখেনগা খোংফেন য়াম্নহুনা লান ১০ ফাঙমএ। নোংমদা লোবলাউদগী ভখেন মথন্না চেনখিএ। ১৬নি শগোলসেন্দা নিংথেম ওংলকএ। লমদা থাদি ঈন্নাইনা হনএ। সমসোকপু মথুন্দা হনচিনহনখিএ। নোংথোনবা অমু শিএ। মোইবাং খোইদোংগী কুমদি শক ১৬৭৬ শচিফোই থাদি থাঙজনা হনএ। মৈতৈ লৈমা থাগী কৈথেল থানবীগী[5] লুপুং থোলএ। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ।

১ ভাইবংখাইবা—লাইনিংথৌ সনামহী।

২ ওংলকএ—হন্নকএ।

৩ অঙৌপানবা কোনখোম্বা—অঙোম নিংথৌ লম্বেল ওইনা ময়াংভী পামহন কোনখোম্বগা লোইখোম্বগা মচা ২ পোকখি। অনীমক অঙৌপানবা ওইখি।

৪ খোংফেন হান্নবা—খুৎফমনা লান শোরবা।

৫ মৈতৈ লৈমা থাগী কৈথেল থানবী—শক ১৬৩৮ শজিবু ১৭নি পানবদা নোঙাখিবী হাওবম চৎ মহারাণী।

ইংঙা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ইংঙেন থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। থবান থাদি ঈরাইনা হনএ। লাংবন থাদি থাঙজনা হনএ। ৫নি য়ুমশকৈশ্রদা শাংপমচা পুথ্রনবা ক্যাম্বা শিএ। থাশি নোং শগোলসেন্দা ইবেম্মা বায়েনবীনা মচা ইবুংঙো পোকএ[1]। মেরা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২০নি থাঙজদা শঙ্গায় য়ুমজাও মৈ হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৮নি য়ুমশকৈশদা কংকনশঙ মৈ হৌএ। পোয়ন্থু থাদি শগোলসেম্না হনএ। খুল্লক্তা ওক লোইভাম্বা থৈবিকপু বাকোংএ। ১১নি লংমাইচিংদা অবা লান কাবকএ হায়তুনা হাওবমচা পুথ্রনবনচিংনা নাইচানা[2] মংশাবম চংএ। হাওবমচা শগোলশেনবা হঙ্কবা কোংয়াহনচিংনা খুনচানা[3] ঈপাল্লম চংএ। অদো হনখিরে। সমসোক চেনখিববু থেনথোকপনে, লাক্কে। বাকচিং থাদি খাঙজনা হনএ। যাইংেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। লমদা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২০নি লংমাইচিংদা নিংথেমনা মরুথৌ থৈবিকপু মৈদা ইক্তুনা[4] ইংথিদা[5] তুমগে চংএ। লৈপাক পুম্নমা মৈদা ইকপম্থং[6] অহুঙৈ হৌএ। নিংথেম্থু মহাবাক লৈপম্থং অহুইঙ হৌএ। ঈবাই ক্লুমিঙা নিংথেম ইংথি চংপা থ লৈএ। লংমাইথেন লোইঙাগী বুন শক ১৬৪৭ শক্তিকোই থাদি ঈরাইনা হনএ। -নি শগোলসেন্দা নিংথেম যুমজাও মৈ হৌএ। অঙৌপানবা চাম্ভৌঙম্বা কম্বাল শাযএ। কালেন থাদি থাঙজনা হনএ। ৩নি নিংথৌকাবদা শম্ভুনবা কৈকংবা পনশা শএ। ১১দি য়ুমশকৈশদা যুমচাও মঙ্গায়এ। ইংঙা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ঙাংবম কৈরংবা লংযোংনা কবুইচীশাংদগী হিয়াং চিংবা থুংলৈএ। ২৫নি শগোলসেন্দা স্নাহল মুরারি[7] শিএ। মংলেন্দা পোৎলোইএ। মনাইম্বুবী ২মা মৈদা

১ ইবেম্মা বায়েনবীনা মচা ইবুংঙো পোকএ—মযাংঙা গরিবনবাজ মহারাজনা কয়েনবম চন্দ্র গোমশীদা পোকপা মচা ইবুংঙো অহমগুবা অজ শাই।

২ নাইচা—অংকুপ শাহাবপ পানা।

৩ খুঙ্কা—লাইকম থাবম পানা।

৪ মৈদা ইক্তুমা—মৈ থাঙনা।

৫ ইংথি—নিংথি তুরেল।

৬ মৈদা ইকপা হৌবা—শাকোকলমলেন কৌবা লাইরিক্তা ইরি—মৈতৈ লৈবাক্তা পোৎকে হৌবা মংল মরি চংনরম্মী। মতুদি "অমদি চংশিংকী পোৎলোই, অমদি ঈশিংগী পোৎলোই, অমদি লৈপাক্কী পোৎলোই, অমদি মৈগী পোৎলোই,"। মনা হাক্কক অসিদগীদি মৈতৈ পুন্নক পোৎলোই অতৈ অহু তোকতুনা মৈ থাবতদা নম্মা চংনখি।

৭ সনাহল মুরারি—গরিবরাজ মহারাজগী মনাও ইবেম্মা ঙাংবম চন্দ্র মহারাণী পান্দা কৈথেল থানবীনা পোকপা মচা ইবুংঙো।

চোংশিন্দুনা শিম্মিয়ে। ইঙেন থাদি য়ুমশকৈনা হনএ। ৩নি ঈরাইদা শিজ অহল শাংপম ঙংবী শিএ। থাশি নোং য়ুমশকৈশদা ইপি য়াইখুবীনা মচা ইবুংঙো[১] পোকএ। থবান থাদি শগোলসেন্না হনএ। ২১নি য়ুমশকৈশা মুমিত্তা ইপি লাইরিক য়েংবী মচা ইবুংঙো[২] পোকএ। ঙাংবমগী কিযোং মথোন ৭শুবা শঙ্গায়এ। নিংথেম কুমএ। লাংবন থাদি থাঙজনা হনএ। ২নি লংমাইচিংদা মৈতৈ লৈমা ঙাংবম চনু পাঙ্গা কৈথেল থানবী থৈথৈএ। ১০নি নিংথৌকাবদা মৈতৈ লৈমা বায়েনবম চনু পাইখু লাম্বী[৩] কন্বাঙ কাযএ। ২৯নি ঈবাইদা শলুং-থেন্দা শামু লমশা ৭০ চনএ। নিংথেম চত্নুনা কাযএ। মেরা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২নি নিংথৌকাবদা মঙ্গাবাজনা শামু কাবা থুংলৈএ। থানিন নোং লংমাইচিংদা থা শানা যংএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১২নি থাঙজদা ইপি হিদাক শুংবীনা[৪] মচা শিজ পোকএ। পোয়নু থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ২নি শগোলসেন্দা ঙাংবম বা কোংএ। শিজ কোইবেম্বীদি ইশাবাইদা থাইএ। মচা মশু থৈবিক্তি কৈ লোইদা থাইএ। শেললোংগা লেপুত্তিগা ২মদি শামুনা চিংনাএ। কোষ্টৈজম খেবাং মাইবা নিংঙোনবা ২মদি চিংঙা কাচন্দা হাংনএ। থানিন নোং য়ুমশকৈশদা হাওবমচা অমুথোনগা শিজ অতোনগা ২মা লুহোংএ। ২২নি য়ুমশকৈশদা লাংনৈপুংগী তুবেল ফুলএ। ৱাকচিং থাদি ঈবাইনা হনএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা শুক মহন্তনচিংনা প্রেম পন পনসাএ। কাইবেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১১নি য়মশকৈশদা কোংবদা পুথী লম ১০০ শুবা তৌএ[৫]। ১৬নি লংমাইচিংদা কম্পান মচাইবুংঙো পোকএ[৬]। ১৭নি নিংথৌকাবদা বাংমগী কিযোং মকমদা নিংথেমগী শঙ্গাযবেন হৌএ। নোংমদা

১ ইপি য়াইখুবীনা মচা ইবুংঙো পোকএ—মৈদিংগু, গম্ভিরসিংহগী মনাও ইন্দ্রো যাইখোম চন্দ্রনা মচা ইবুংঙো হরিশাহ পোকএ।

২ ইপি লাইরিক য়েংবী মচা ইবুংঙো পোকএ—গম্ভিরসিং মহাংগী মহারাজগী মনাও ইবেম্মা লাইরিক য়েংবম চন্দ্র হবিপ্রিয়ানা মচা ইবুংঙো আনন্দ শাই নোংপোকলৈফি-থোবা পোকএ।

৩ মৈতৈ লৈমা বায়েনবম চনু পাইখু লাম্বী—বায়েনবম চনু গোমতী মহারাণী।

৪ ইপি হিদাক শুংবী—গম্ভিরসিং মহারাজগী মনাও ইবেম্মা মাইবম চনু।

৫ কোংবদা পুথি লম ১০০ শুবা তৌএ—বাংথৈদা লৈবা নিংথেম পুথি তৌএ।

৬ কম্পান মচা ইবুংঙো পোকএ—গম্ভিরসিং মহারাজগী মনাও ইবেম্মা গোমতী মহারাণীনা মচা ইবুংঙো শব্যসাচি পোকএ।

শুক মহুম্ভ থুংলৈএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। য়েংকোকপম লেংছানগী কুম শক ১৬৪৮ শক্তিক্ থাদি যুম্নশকৈশনা হনএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা থা শানা ফংএ। কৃষ্ণসু কালিকাসু[1] পুথ্রী মপান্দা থমএ। কালেন থাদি থাঙজনা হনএ। ২নি লংমাইচিংদা পুথ্রী হোংএ। ৫নি নিংথৌকাবদা চিংভালেন্দা কৈ ৩ ফায়এ। ১০নি থাঙজদা শজায়রেন শজায়এ। ইংগা থাদি ঈরাইনা হনএ। উমং লাই ৯মা মোংবহনবদা[2] ভিলচলএ। ইঙেন থাদি লংমাইচিংনা হলএ। চুই ভাওহুনা মী চিকপা খিংপিক শিএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা লাইয়িংথৌ, পাম্থোইবী, লাইরাহায়বা, লম্মাংপি ২মা, সোবারেন, হোইদোন পোকপী ৭মা থুখায়এ (থুগাইএ)। শেনগী তাঙ্গা থোবহৈএ। থৌবান থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৪নি ঈরাইদা নিংথেম যুমজাও মৈ হৌএ। যুম য়ামনা চাকএ। লাংবন থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা হাওবম ৫২বী শিঙ অতোন শিএ। ১১নি থাংজদা ইপি চিংথাখমীনা মচা ইবুংঙো পোকএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না হনএ। ১৪নি যুমশকৈশদা নিংথেম অনান নাবা চংএ। অনান চাইথায়য়ে। লান ১ ফায়এ। ২৩নি ঈরাইদা নিংথেম থুংলৈএ। য়াইবিরোক্তগী ময়াং অকোকশা শামুপন, লাংলৈপেংতা হোংএ। অভোম চন্দ্রমণিনা চীংলক তৌএ। নিংভোম্বম ক্যাম্বগী কুম শক ১৬৫৯ শক্তিক্ থাদি লংমাইচিংনা হনএ। থুননাই ভপনা যুমফম হোংএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ইংগা থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৫নি লংমাইচিংদা শুকনা শন্নুংথেন্দা কৈথেন শেমএ। ১০নি ঈরাইদা শিঙ পাঙ্গ কৈথেন থানবী[3] শিএ। লাল্লুপ ৩ ওইনা কায়এ। ইঙেন থাদি ঈরাইনা হনএ। চীংবুবেইবা হাও থৈবিকপু লাল্লুপ কাহনএ। থৌবান থাদি থাঙজনা হনএ। বাংখৈ য়াইস্বল লমলেন ২মা থোনএ। ১৯নি যুমশ-কৈশদা শুকনে নিংথেমনে শিঙনে হুংকৈদা হৈনৌ চাবা চংএ। লাংবন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২২নি লংমাইচিংদা শুক্না শিংজমৈদা থোং ১ শাইএ। মেরা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ২০নি নিংথৌকাবদা শুকনে হাওবমচা অহল্লুপ লাকপনে ইবুংঙো বাংখৈরাকপনে ৬মনা চিংহুনা অথেন নাবা চংএ। পোয়ন্থু থাদি ঈরাইনা হনএ। ৭নি শগোলসেন্দা

---

১ কালিকা—বাংখৈ লৈকাযদা লৈবা নিংথেম পুথ্রীগী অরাং পাংবদা মাইবেমনা লাংদি।
২ মোংবাহনবদা—মহাবনী উমংদা উমংলাই মযাম থোমগৎলগা কুমদি।
৩ শিঙ পাঙ্গ কৈথেন থানবী—মাহন মুরাখিগী মমা ভাংবম চচ।

তাংখুল চীংশাং পূমনা হুপনা লান হৌবক্তুনা তম্পাক লোই থৈবিক শোকলাএ। লোই তোংএ। ১৩নি য়ুমশকৈশদা তখেন নাবা থুংলএ। তখেন্না কনসে হায়ত্তুনা হুন্নকএ। ৱাকচিং থাদি থাঙজনা হনএ। ২১নি ঈন্নাইদা ইপি চিংঙাখম্বী মচা ইবুংঙো পোকএ। থাশি নোং লংনাইচিংদা কম্প্যান মচা ইবুংঙো[১] পোকএ। ফাইরেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। লমদা থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। তাংখুল ইতোকনা লম্বু হাংলে হায়ত্তুনা ২০নি লংমাইচিংদা নিংথেমনা ইতোক নাবা চংএ তাংখুন চীংশাং পূমনা তিংনা শন্দং অমা, হামেং অমা, পুখম, য়োৎ, থাং য়াওনা পুবক্তুনা নিংথেম্পু খুরুমলৈএ। খুনয়াই নেৎপিগম্বু লঙজবে[২] হায়বৈ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম থুংলৈএ। তখেন মোনশাংগী কুম শক ১৬৫০ শক্তিবু থাদি থাঙজনা হনএ। পালোকম্বু ওইএ। বালেন থাদি থাঙজনা হনএ। ৬নি শগোলসেন্দা খোংগ্রাংবীদা শামু ২ অমদি শিনা ফাযএ। তমদি চঙনা ফায়এ। ৮নি থাঙজদা বৈখোংদা শামু অমম্থ ফাযএ। ফৌগাকচাউদা শাম লমশা ২৩ ফাযএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা হুকগা নিংথেমগা মোইবাংদা শামুতানবা চংএ। ইংঙা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ইঙেন থাদি য়ুমশকৈশন হনএ। ৫নি লংমাইচিংদা সনাশাবা ছিযাংলোই হক্তবা হেংডই শিএ। ১০নি ঈবাইদা শিক্ত তোম্বিবু সৌগাইজমদা লুহোংএ। থৱান থাদি শগোলসেন্না হনএ। থানিন নোং শগোলসেন্দা থা শানা ফংএ। লাংবন থাদি থাঙজনা হনএ। মেরা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১০নি য়ুমশকৈশদা গুরুনে নিংথেমনে ২ মানচিংনা মবিং নাবা চংএ। খুনপিস্থং লমলোংস্থং কাবোংথেনস্থং মচিস্থং চাইথাযয়ে। খুনপিগী খুনযাযদা কিযোং[৩] ১ শাইএ। লান অচঙবা ৪ অশিবা ৫ কায়এ। ২৮নি লংমাইচিংদা নিংথেম থুংলৈএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। পোযম্বু থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৱাকচিং থাদি ঈবাইনা হনএ। ফাইবেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১৪নি থাংজদা শামু লমশা অমা কায়এ। কোলুবম খুনঙম্বা শামুনা হাংনা শিএ। থানিন নোং লংমাইচিংদা থা শানা ফংএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৬নি থাঙজদা লৈপাক অয়াম্ববু পানা ৪ ওইনা

১ ফম্বান্দা মচা ইবুংঙো পোকএ—রাযেনবম চন্দ্র গোমতী মহারাণীনা ভরতশাই পোকএ।

২ লঙজরে—লাকরে।

৩ কিয়োং—লাইশঙ।

খায়সে হায়নাএ। ১৭নি য়ুমশকৈশদা গুরুনে নিংথেমনে ইকুংগী বাংখৈরাকপনে শাইরেম নাবা চংএ। মংলেনসু ভৌএ। শালোকপম্ শাইপুবী কুম শক ১৬৫১ শক্তিম্ থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা লৈবাক পুম্নমাক্ পানা ৪[1] ওইনা খায়থনা লাম্লুপ অনী ওইনা কাহনএ। ২৫নি থাঙজদা শাইরেম নাবা থুংলৈএ। শাইরেম হাওখুনসু মুংসাই হাওখুনসুং উকপ খুনসু ওয়াপু থুখায়ত্না লান অচঙবা ৩১ কারকএ। শেনপুং শেনমন শামুক শঙ্গং মণীং য়ামনা থোমলকএ। কালেন থাদি ঈবাইনা হনএ। ৯নি থাঙজদা য়াইরিপোক্তগী শামু লয়শা ২ লিলোংলম হোইগৎলক্কনা শনশেনথোং মচিন্দা কায়এ। ইংগা থাদি থাঙজনা হনএ। ৭নি ঈবাইদা ককচিং মাইপাক্কচিংনা হুমাম্মে হায়থনা মথুং ককনাএ। পঙ্গোং ৭মদা য়ানএ। ১৬নি লংমাইচিংদা স্না কৈথেল্দা য়ুংবা নুংবু হনুমানগী মূর্ত্তি শানবা মোংবাহনবা[2] তান্না চিংশিনএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা কোনোক্কী নশিনবু বামোন্না ওইগে হায়এ। ব্রাহ্মণ কৈলশ্বর মিশ্র কৌবগী থারানা মহৈ হৈংবা খিংলিক হৈননবা পাণ্ডি তথীবস্বরু গম্ভিরসিংহ মহারাজনা মহাপুরুষনা ব্রাহ্মণগী থৌ নত্তে তোকলো হায়বগীদমক বামোন অয়াম্বা অরাবম চঙখিবনু বাংচিং মকদা খামত্তনা হল্লকএ[3]। ইঙেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। থবান থাদি য়ুমশ-

১ পানা ৪—লাইফম, খাবম, অহল্লুপ নাহারুপ।

২ মোংবাহনবা উমং তান্না চিংশিনএ—মাশিগী মথাদা অপোংবা মৈতৈ চেংা মৈতৈ য়েক্কনা, ইদং কুম্বাবা অমদা অস্তমনা ইরি—"মোংপাহনপা উমংতী কোন্নংকি মথা থংনা লৈগ। হনবাত্তানে, উমং আংগুতী লাইকমনে। মফম আত্নুডা যোনা লানদুপ কারিএ। হুমিং পূর্ত চাক থোংহুনা পীচাএ, মহাবশহঙ লৈএ।"

৩ ২৪নি নিংথৌকাবদা খামত্তুনা হল্লকএ—মতং অমি মথক্তা পহিগা কুম্বাবা অরিবত্তদা ইরি—"২৪নি নিংথৌকাপতা কোনোকনা বামোন ওনুকে হায়চাএ। বামোনা বাত্তে। বামোন অযাম্পানা অরাবম চংখিএ। নিংথেমনা খামলাতুনা বাংচীং তুয়েন মক মোরপতাকি হল্লকএ।"

মতাং অমি অতোংবা কুম্বাবা অরিবা মৈতৈ চেংা মৈতৈ ময়েক্কা অস্তমনা ইরি—

"২৪নি নিংথৌকাপাতা গনোকনা পামোন ওইচাকে হাযএ। ব্রাম্হোন কোইলমবন মিস্র কৌপাকি থারানা মাহৈ লৈপা খৈপীক হৈপাকি পানচি তম্বম্পাপু গম্ভিরস্বাজ মহারাজনা মহাব্রহ্মনা, ব্রাহ্মণ নঙকি থৌ নত্তে তোকলো হায়না মৈতৈপু পানচি হঙহন্তুনা লোমঙ লিংএ। মথোয়না তৌপা শাইরীকী মাতীক্তি থৌরা পুমলামা কোকপা, কৌ চাংকোৎ ১৩ পীচাএ। চীংলোই তমলোই পুন্নামা পাক্তি মীকোক লাকপাঙং অতুংতকি থৌএ। পামোন অযাম্পা অরাবম চঙখিপাপু বাংচীঙ মাকতাকি খামত্তুনা হল্লকএ।"

কৈশনা হনএ। ২নি শগোলসেন্দা লাইয়িংথৌ লাইবাহায়ববু য়াশে হায়দুনা ঘুমথৈদা লাইকম য়ারে। ১১নি থাঙজদা কম্বান্দা ইবুংঙো অতোনবা[1] পোকএ। লাংবন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৭নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম কোম্নুং চৎখোক্নুনা থাঙ্গপাৎ তৌএ। ঈশৈ শকপা পেনা খোংবম্নুং অচুঙৈগী মথৈ লিংহৌএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা বায়েনবমচা নোংথোনবনা হিয়াং চিংবা চৎএ। মেন্না থাদি ঈরাইনা হনএ। ২নি থাঙজদা মোইরাইচিং ফুনএ। ২০নি য়ুমশকৈশদা চোথেদগী হিয়াংচিংবা থুংলৈএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১১নি য়ুমশকৈশদা হনুমানগী লাইশঙ শঙ্গায়এ। পোয়ন্থু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৯নি ঈরাইদা শিজ ঙাংবনঙংবীনুং মচা কৈরুংবনুং শুযুদা লোই থাইএ। রাকচিং থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১১নি ঈবাইদা লাইবাহায়বগী ফুরাদা মূর্ত্তি শঙ্গায়এ[2] । থানিন নোং য়ুমশকৈশদা গুরুম্নুং নিংথেমম্নুং লিলোংতা ঈরুপএ। অদু মুমিত্ত: মহাপুরুষনা লুকুন থাংপিএ[3]। ২২নি য়ুমশকৈশদা গুরুম্নুং নিংথেমম্নুং কপুষ্ট হুংসাই নাপা চৎএ। হাওবমচা পুণ্ডনবদি সোইচেপ বমেং লৈচাবী লৈনাব চৎএ। কাইরেন থা শগোলসেন্না হনএ। হুংশাই নাবা থুংলৈএ। লান য়ামনা যারকএ। শেনপুং শেনমন লোকলকএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা ইবুংঙোং বাংখৈরাকপনে বায়েনবমচা নোংথোম্বনে ২মানচিংনা নানক্কৌ নাবা চৎএ। থুনয়ায়দা ৭নি লেকএ। লমদা থাদি থাঙজনা হনএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা নানক্কৌ নাবা থুংলৈএ। ১০নি শগোলসেন্দা থাগীনা লোৎ শগোল মানবা ৩ পুথোকলকএ। সরাইশন পাঙনগী কুম শক ১৬৫২ শজিবু থাদি লংমাইচিংনা হনএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৩নি শগোলসেন্দা বায়েনবমচা নোংথোনবগী ফুরা শঙ্গায়এ। বামোন অনৌবা ৫মুং জগনাথগী চাক পুহুনা

---

১ কম্বান্দা ইবুংঙো অতোনবা পোকএ—বায়েনবম চন্দ্র গোমতী মহারাণীনা মচাইবুংঙো তোলেনতোম্বা শক্রয়শাই পোকএ।

২ মূর্ত্তি শঙ্গায়এ—লাইবিক অমদা "সনামহীকী লাইশঙ শঙ্গায়এ। মূর্ত্তি য়াএ" হায়না ই। অতোপ্পা লাইবিক অমদনা "লাইবাহায়পাকি ফুরাতা মূর্ত্তি শম্বা এ" হায়না ই।

৩ থানিন নোং লুকুন থাংবিএ—মৈতৈ চেদা মৈতৈ ময়েকনা অস্মনা ইবি—"থানিন য়ুমশকৈশদা গুরুস্ং নিংথেমস্ং লিলোংতা ঈরুপএ। কোনোকপু বামোন এইহনএ। লকুন থাংপীএ।" অতোপ্পা মৈতৈ চেদা মৈতৈ ময়েকনা ইবা কুম্বাবা অমদনা অস্মনা ইবি—"থানিন নোং য়ুমশকৈশদা গুরুস্ং নিংথেমস্ং লিলোংতা ঈরুপএ। অদু তমিত্তা মহাপুরুষনা পামোননে ঐনা থঙএ হায়দুনা লোইনাএ। লকুন থাংপিএ।"

ওয়গী কুম শক ১৬৫৩ শজিফু থাদি থাওজনা হনএ। ১০নি নিংথৌকাবদা লমকা কোনচিন্দা কৈ ৪ কায়এ। মী ৪ শোকএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা নিমাত্তি ( নিমানন্দি ) চৎপা থৈবিক বাকোংহনএ। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২নি লৈপাকপোকপদা মুমিৎ ৩ থোকএ। ৩নি য়ুমশকৈশদা হাওবমচা পুথ্রনবগী মাওকন উমং মফমদা ফুরা শঙ্গায়এ। ইংঙা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। লাইশ্রম অরোই নোংমৈবাম্নম হণ্ডবা বাকোংএ। ১৮নি য়ুমশকৈশদা লাইবাহায়বগী লৈশাংখোংদা লাইশঙ শঙ্গায়এ। নুংসুং থিনএ। থাশি নোং য়ুমশকৈশদা মুনিংপু শানা ক্যএ। ইংঙেন থাদি শগোলসেম্বা হনএ। ৭নি য়ুমশকৈশদা শিজ অতোন পোকএ। ২৭নি য়ুমশকৈশদা কংলা হোৌএ। লাংবন থাদি নোংমাইচিংনা হনএ। মেরা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ ২৩নি শগোলসেন্দা হাওবমচা শগোলসেনবা হণ্ডবা অচৌনা হির .কানবা ২ অপিশক ১ চিংবা থুংলৈএ। নিংথেম হি ওকএ। পোয়ম্বু থাদি ঈরাইনা হনএ। হাওবমচা পুথ্রনবগী মচাবু স্নাহন্দা লুহোংএ। ১৭নি থাওজদা লৈমাপোকপা পাওন শেলুংবনা ময়াংশা ওকপা চৎএ। ২০নি নিংথৌকাবদা শিজ মচন লৈথেনথানবী শিএ। নিংথেমগী য়ুমজাওসুং হোৌএ। লাইখন নাইএ। ২৩নি ঈরাইদা হাওবমচা কৈরুংবা অচৌনচিংহুনা নামকৌ হাও নাবা চৎএ। লমদা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১০নি শগোলসেন্দা কোম্বুংগী করাইকোন[১] কোয়বা হোৌএ। অমোন বাকোংগী কুম শক ১৬৫৪ শজিফু থাদি শগোলসেম্বা হনএ। কালেন থাদি ঈরাইনা হনএ। ৩নি লংমাইচিংদা লাইবাহায়বগী ফুরা হোৌএ। ৭নি শগোলসেন্দা নিংথেম য়ুমজাও শঙ্গায়এ। ২৩নি থাওজদা হাওরোংবম অবোইন্দি না লৈশ্রিক হাও নাবা থুংলৈএ। লান ৮৪ কায়এ। শেনবুং শেনমন লোকলকএ। ইংঙা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। থানিন নোং লংমাইচিংদা থা শানা ক্যএ। পুমনা য়োৎএ। ২১নি থাওজদা লাই কংলা হোডবা লোইএ। ইঙেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২নি লৈপাকপোকপদা লমদেংদা কৈ অমা কায়এ। ৫নি ঈরাইদা নিংথেম কংলা শঙ্গায়এ। ১৩নি লংমাইচিংদা থংবিচেদা কৈ ১ কায়এ। থবান থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা অথেন শাংহুং থোকলকএ। ২৬নি থাওজদা নিংথেম লৈমচাংদা কিয়োম ( কিহোম ) চাবা চৎএ। হাওরংদমু কৈ ১ কায়এ। হাওবমচা পুথ্রনবনচিংনা লৈপাক পুম্নমক্কী মৈহৌবরোন শলাই

---

১ করাইকোন—চেকপন।

থায়না ইবা হৌএ[১]। লাংবন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৮নি শগোলসেন্দা ভাইরোংদা কৈ ১ ফায়এ। মেবা থাদি থাঙজনা হনএ। লৈমচৌং মতোল তেমখৈএ। ১৭নি লংমাইচিংদা মৈতৈ লাইরিক মাঙহনএ[২]। মোংবাহনবদা লাইরাহায়বস্থং মাঙহনএ। ছিয়াজৈ থাদি লংমাইচিংনা হনএ। পোয়ম্ভ থাম্বুং লংমাইচিংনা হনএ। থানিন নোং নিংথৌকাবদা থা শানা ফংএ। পুন্না য়োংএ। ময়াং লমদগী ঠাকুর মতন্তনচিংনা শাগৈ থিবিক য়াওনা গুরুনা কৌথোকলকএ। বাকচিং থাদি শগোলসেন্না হনএ। ফাইরেন থাদি থাঙজনা হনএ। লমদা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। সাইখোম লুরাংগী কুমদি শক ১৬৫৫ শক্তিকু থাদি থাঙজনা হনএ। কালেন থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ইংঙা থাদি শগোলসেন্না হনএ। থানিন নোং শগোলসেন্দা থা শানা ফংএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা ঈশিং য়ামনা চাউএ। তোকফম পাথৈএ। লমপুন তাবা থৈবিক থুমএ। ইঙেন থাদি থাঙজনা নিন্নি পানএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা ইবুংঙো শ্যামশাই অহমপানে নিংথেম মনাও মন্থুশাইনে ২মানাচিংনা মী বাকোংবা থৈবিকপু পন থুদিংদা থাএ। থৌবান থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। লাইয়িংথৌ ফাললৌথোম্বা[৩] মাঙলববু ১রক লিংহৌএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা গুরু[৪] অমারম চঙখিএ। ১০নি শগোলসেন্দা তাঙলমহৃনা নিংথেন মথোঙগী মনাওদা ফমতুনা অশোন অনা থৈবিকপু ফো য়েনপিএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৩নি লংমাইচিংদা হুংতুর হাওনা কারোং চাইথায়রৈএ। থাঙজবা কৈরুংবা চেকশানচিংনা[৫] লোই তোংএ। ১৮নি লংমাইচিংদা শাংপমচা

---

১ লৈপাক পুম্নমক্কী মৈহৌবরোন শলাই থায়না ইবা হৌএ—"লাইয়িংথৌ শাইবং পানবগী মপু নঙবু হকমনা ইভগে। মৈহৌবরোন শলাই তরেংমক্কী থায়না হায়গে। শক ১৬৫৪ থা ৪ পুং ৪৮ মিংকুপ ৩৩ চৌখিবা থরানথা ২৬নি পানবা য়ুমশকৈশা ঙমিং থরানপিচাক শক্তিকনা পানবা শনজনবগী লগনদা (বৃষ লগ্নদা) ইবা লাইরিকনে। গরিবনবাজ মহারাজ মনা হাওক অসিদা ইবা মৈহৌবরোনগী লাইরিক অসিমু নোঙ্গও হায়না কৌই।"

২ মৈতৈ লাইরিক মাঙহনএ—মহারাজ গরিবনবাজগী গুরু শান্তদাসকী থৌইনপিনদগী অহংবা মৈতৈ লাইরিক মথৈ শামু তোংহনা পাউচেলগা বংলা উত্রা মমাঙদা পৈরগা মৈ থাখি—১। মিংয়াং ২। অদিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস দাঃ ৩৯—৪৩

(এন খেলচন্দ্র)

৩ লাইয়িংথৌ ফাললৌথোম্বা মাঙলববু ১রক লিংহৌএ—লাইনিংথৌ সনামহী খুগাম্বুনা মাঙহনবগী অমূক হন্না মূর্তি হৈহনা লাৎখি।

৪ গুরু—গরিবনবাজ মহারাজগী গুরু শান্তদাস মহন্ত।

৫ থাঙজবা কৈরুংবা চেকশা—চেকশা চক্রপানি নোংথোনবা।

খ্বাইরাকপা চিংডাদা শিএ। মতু অমগা শিমিরেএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা শিজ তম্পাক্ব হাওবমদা থিনথৈএ। হিরাক্তৈ থাদি থাঙজনা হুনএ। ২৩নি লংমাইচিংদা উশাবা বৈকংবা কপোং শিএ। থাঙশাহনপা কোইরেম্পা চহি ৯১ দা শিএ। পোয়ম্ব থাদি নিংথৌকাবনা হুনএ। খাইদেমচা পোৎশংবা হুজবা লমলোইনা লরাই কুমজবদা নৈ হৌহ্না মতু হুজবীনচিংনা[১] মী ৬ মৈনা চাক্তুনা শিএ। পোৎশংবা হুজপা মহাক্তি নমনম্বা চাকনা ছিংএ। ১১নি শগোলসেন্দা হাওবমচা শগোলসেনবা হুকবা অচৌনচিংহুনা ওবমুকন ( ওবখুন ) নাবা চংএ। হিকবম কোইরেংনচিংনা মী ৫১ ছইনিং হাঙ লমচিংবা ১৯ সুপ্পা মী ৭০ শিএ। ১৬নি ঈরাইদা ওবখুন নাবা থুংলৈএ। রাকচিং থাদি যুমশকৈশনা হুনএ। ৩নি ঈরাইদা গুরুনা অরাবম চঙখিবব্ব চঙমদহ্নুনা হল্লকএ। ক্ষাইবেন থাদি শগোলসেমা হুনএ। ১৭নি ঈবাইদা শঙ্গাযবেন মালহৌনৈএ[২]। লমদা থাদি থাঙজনা হুনএ। থুমন চৈবাকপম লমবেনগী কুমদি শক ১৬৫৮ শক্তিঙ্ক থাদি নিংথৌকাবনা ২নি পানএ। ১৩নি ঈবাইদা নি খেন যাইরিপোক্সা শামু তানবা[৩] চংএ। থনিন নোং লংমাইচিংদা ওংলকএ[৪]। ২৮নি শগোলসেন্দা মযাং লৈমনাইলমদা মোইরাং লনহান্না যুমথংবনা তুরেন তৌফংএ। উচিকদগী মযাং তান্না লমলোইএ। মযাংদগী লৈশাংখোং তানএ। বালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হুনএ। ২৫নি ঈরাইদা শেনগী তাজা[৫] চিথেক নাইবা খোকএ। ই ডা ০ থাদি যুমশকৈশনা হুনএ। থানিন নোং যুমশকৈশদা লাই মাবচিংবা মা চিংডবোইবীগা লুহোংএ। ২৯নি যুমশকৈশদা শবোকখাইবা অপোং লৈকংবা শিএ। ইংডেন থাদি ঈরাইনা হুনএ। ৭নি যুমশকৈশদা ইবুংঙো ইমথংবাগা সৌগাইজম চম্বুগা, ইবুংঙো রাংখৈরাকপগা শাৎপম চম্বুগা ৪মা লুহোংএ। ১৮নি যুমশকৈশা ভুনিংওা শা খোজুল লীবদা ছইবোই খোকচাউচাম্বা সনাখোনব্ব লৈনা মখাতাঙ চোংখোকএ। তম্না কাযএ। থরান থাদি থাঙজনা হুনএ। ১নি লংমাইচিংদা শিজ হাওবমওংবী খারোইঙবী

---

১ মতু হুজবী—মতু অহন।

২ মালহৌনবা - মেরামত তৌবা।

৩ শামু তানবা—শামু কাবা।

৪ ওংলকএ—হল্লকএ।

৫ শেনগী তাজা চিথেক নাইবা—শেনমথায় চিথেক নাইবা, শেনমথায় অকোয়বা নত্তবা।

শিএ। ২৬নি শগোলসেন্দা নিংথেম শিজ ভাকলেন্দা[১] থমচেং চানবা চৎএ। মেরা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১০নি শগোলসেন্দা শামু শগোল নোংবৈ শুকনাচিংনা লাংচিং তান্না যাত্রা শানএ[২]। ১২নি থাওজন্দা অশৈশকপশিংনা লাই নিংথেম অত্তম অথৌপা থৈপিক থাকুনা য়াবৈএ[৩] ( লাক কাএ )। হিয়াঙ্গৈ থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। পোয়ন্থু থাদি ঈরাইনা হনএ। ২নি থাওজন্দা ভাথেম সেকয়োম্বা ১ সিনাইপা হাইখাম্বা ২ মানা পাইগে হায়ববু ডমদত্থনা থুমখোং পনলেন্দা থাইএ। ১১নি নিংথৌকাবদা নিংথেম তথেন নাবা চৎএ। লাংলোংগী রসকোন ফম্বা তথেন মুক্তবলাই ফায়এ। লাংলোং চাইথায়য়ে। কুবাই ( থাই ) খোং শাত্থনা লাননৈএ। মচাইতাং চিংশাং মতোন লোমনা চৎএ। কুবাই বাঙবোনেক ওমা তিননা সেকচাইদা তেঙ্গোন লেপলে। তথেন ডমএ। চাইন্থ চাইথায়যে। শত্রাচিং নারম্মচিংনা চরাই তাবা তথেন থৈবিক লোই চল্লমএ। তথেনগী লোই থৈপিকনা নিংথেম্ব শুকমলাএ। তুয়াই ঈরোংদা হি অমা য়ান্দুনা হিয়াং অত্থ তোংত্থনা থাই মবিন ইন্না নিংথেমনা শান লোখোনকি ( রাম লক্ষ্মণগী ) খুফম য়েঙ্কএ। শুকম্মুইএ। হন্নবপদা হি লাক্কুনা কোইরেং তা ১ হীদাকস্থু খূদোং ১ মংঙলমএ। ঈলোংদা নুং খিল্লমএ[৪]। থাকচিং থাদি লংমাইচিংনা হনএ। কাইরেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৭নি নিংথৌবাবদা নিংথেম তথেন নাবা থুংলৈএ। লান অশিবা ১ অচত্তবা ১১০০ ফারকএ। ২০নি থাওজন্দা নিংথেম যনজাও নৈহোএ। লমদা থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১নি শগোলসেন্দা ইবুংঙো শ্যামশাইনে ইবুংঙো বাংথৈরাকপনে ২মানাচিংনা কাপরম লান চৎএ। ৭নি লৈপাবপোকপদা শিজ তম্পা হাওবমওংবীনা চাইরেন্দা শামু লমশা ৩ ফায়এ। ১০নি শগোলসেন্দা ইবুংঙো শ্যামশাইনে ইবুংঙো বাংথৈবাকপনে ২মানা লোঙকাপাই ( কবুই ) নাবা থুংলৈএ। নিমান্দি চৎপা থৈবিকপু রাকোংএ। থাশি নোং শগোলসেন্দা মযাং লাইবাব নিংথৌ শেনবা অমনচিংনা তথেন নাবগী পোংলানলৌতে[৫] হায়ত্থনা পোংলানবা মী ৮০ শুনা থোকলকএ। লৌকুরাকপম মোইরাম্বী কুমদি শক ১৬৫৭ শজিকু থাদি ঈবাইনা হনএ। ৭নি শগোলসেন্দা

১ ভাকলেন্দা—ভাকয়েন্দা।

২ যাত্রা শানএ—খোঙশানে, যাত্রা তৌত্থনা চৎলে।

৩ য়াবৈএ—মতীক মঙ্গল থাত্থনা ঈশৈ শকএ।

৪ নুং খিল্লমএ—নুং চুংলমএ।

৫ পোংলানলৌতে—পোং লানহৌবে।

কাল্লোন লখোন ( নারঙ্গ ) শিএ। মতু ২গা শিমিন্নৈএ। ১৮নি লংমাইচিংদা নিংথেম থাগেম্বগী ঙ্মুন ইকএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা শিজ হাওবম চন্দ্র ভথেন ওঝা শিএ। কালেন থাদি লংমাইচিংনা ২নি পানএ। ৬নি শগোলসেন্দা বায়েনবমচা নোংথোনবা শিএ। মতু ২গা শিমিন্নৈএ। ইংঙা থা ছমনি য়ুমশকৈশদা য়াইরেকশঙ লাংলোংঙম্বা হৌএ। ইংঙেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। থবান থা শগোলসেন্না নিনি পালএ। লাংবন থাদি ঈরাইনা হনএ। ১০নি থাঙজদা থাজপাৎ মপান্দা উঙ্গী পন থায়এ। মেরা থাদি থাঙজনা হনএ। ১০নি নিংথৌ-কাবদা মেতু নাকাতাপাকি শগোল শামু যাত্রা শানএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। পোয়ন্তু থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১২নি লংমাইচিংদা নিংথেম মেতু নাবা চংএ। ২৭নি লংমাইচিংদা থংবিচরৌদগী গুরুনে নিংথেমনে মেতু নাবা চংএ। বাকচিং থাদি শগোলসেন্না হনএ। ফাইরেন থাদি থাঙজনা হনএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম থুংলৈএ। লান অচঙবা ১৩০ ফায়এ। লমদা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৫নি ঈরাইদা লাই কংলা হৌএ। ১৩নি ঈবাইদা ভথেন লাইপার থোকলকএ। গুরুগা মোইরাং যুমথংবগা শিখোং নিংঙ্ভেনগী থুমখোং অনৌবা হুকএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা য়াইবিপোক্তগী শামু য়াপনবা[১] ১ ফায়এ। লমদা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৩নি শগোলসেন্দা বামোন কেসোপনে হরিনাবাননে ২মানচিংনা গঙ্গাদা ঈরুপ্পা চংখিএ। বামোন গঙ্গারামগী কুমদি শক ১৬৫৮, ২৯নি লৈপাকপোকপদা ময়াং নিংথৌগী গুরু ব্রহ্মচারি থোকলকএ। শজিকু থাদি শগোলসেন্না হনএ। কালেন থাদি ঈরাইনা হনএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা হুঙৈদা কৈ ৫ ফায়এ। ইংঙা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২নি নিংথৌকাবদা নিমান্দিগী ধর্ম্ম চংপা থিবিক বাকোংএ। বামোনশিংদি ময়াংলম থাচনখিএ। নিংথেমমচা মনাওশিংদি মকম থায়এ। অয়াম্বদি পনতা থায়এ। ৮নি থাঙজদা অসৈ লোকলেন্দা কৈ অমা ফায়এ। ২৭নি শগোলসেন্দা লাইরিকয়েংবা কোনজিন্দা কৈ ৩ ফায়এ। ইংঙেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। থবান থাদি য়ুমশকৈশনা নিনি পানএ। লাংবন থাদি শগোলসেন্না হনএ। মেরা থাদি ঈরাইনা হনএ। ১১নি লংমাইচিংদা গুরুনা কৈথেন শেম্বা চংএ। ২২নি ঈবাইদা থাংহৎবা মনাকী তুরেন ফুনএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি লংমাইচিংনা

---

১ শামু য়াপনবা—যমা থিল্লোকলবা শামু।

হনএ। পোয়ন্ন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ইবুংঙো ভংকশাইগা[1] হাওবম চন্নগা লুহোংএ। ৱাকচিং থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা থাকী কীরান থানপা অমনচিংনা লাইপাম ওইনা থোকলকএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা গুরুনা লোকপচিং মনাক্তা থুমখোং হুকএ। ফাইরেন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৯নি থাওভদা থোৱানপিচাক মমৈ[2] নাইবা থা ১ চুপনা নোংচুপলোমদা থোকএ। ১৩নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম থুমজাও হৌএ। সারোঙ লপলেন ১রক পানহৌএ। ৱাচেংনা শাইনোন নমি লাকপখুং অতুংৈগী মথৈ হৈএ। লমদা থাদি থাওজনা হনএ। থানিন নোং থাওজদা থা শানা ষংএ। লাইরা খিবা হুকরান থেম্বনে, চডানকৈ হুক্রবা চেকশানে ২মানা থামগে হায়রবু ওমদরে। ২২নি থাওজদা গুরুনে হনা অতয়ে ২মানা মোইরাংদা শামু তানবা চংএ। শামু ১১ ফায়এ। শজিকু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। স্না অতন থুংলৈএ। ৭নি শগোলসেন্দা গুরু থুংলৈএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। ক্ষেত্রি গোবর্দ্ধনগী কুম শক ১৬৫৯ থানিন নোং নিংথৌকাবদা নিংথেম হুনজাও শঙ্গায়এ। কালেন থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১৭নি নিংথৌবাবদা বংলা শহবা নম্বোনবা, খোঙতেকপা কৈথেলদা নিংথেম খোক্তুনা কাংচৈ, চেংনী, যিপুন, মাঙচোং নাবা অসি খৈপিক শামহনএ। ১৭নি শগোলসেন্দা শিঙ্জ মনাও ছইবোংবম ওংবীবু ইবুংঙো গঙ্গা বিষ্ণুদা থিনথৈএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা শমন থাবা থুংলৈএ। ২৪নি শগোলসেন্দা নিংথেম শিঙ্জ চিংমৈরোংদা লম য়েংএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা খুাই লৈকাই শিং চেরতুনা নিংথেমদা কাবকাইএ। শামু অমা পীএ। কালেন থাদা লাইচাউ থোকপা হৌএ। ইংডা থাদি শগোলসেন্না হনএ। লৈকাই ওমা লাককাইএ। নিংলেমনা শম্মু ১/১ পীএ। ১৯নি লংনাইচিংতা রাখা লোকচাওতা ৈব ৪ ফায়এ। সাচি অমস্ং যায়এ। ২১নি লৈপাকপোকপদা হাওরম চন্ন লৈমাখুবী হক্তবীনা মচা ইবুংঙো পোকএ। ইংচেন থাদি থাওজনা হনএ। থৱান থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২৭নি যমশকৈশদা মচি মানলক নাবা মোইরাং য়ুমথংবা লনহাম্বা চংএ। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা ১নি পানএ। ১৩নি থাওজদা গুরুগা ইবুংঙো অতোনবগা মোইরাংদা শামু তানবা চংএ। ২৪নি য়ুমশকৈশদা মোইরাং লনছাম্বা থুংলাএ। ২৭নি থাওজদা গুরু থুংলৈএ। মেরা থাদি য়ুমশকৈশনা

১ ইবুংঙো ভংকশাই—মৈদিংঙু গরিবনরাজগী মনাও টবেম্বা বায়েনবম চন্ননা পোকপা অজমভবা মজা ইবুংঙো ভজশাই।

২ থৱানপিচাক মমৈ নাইবা—থৱাগ্নিচাক মমৈ পানবা।

হনএ। ১০নি শগোলসেন্দা অৱা নাগদবগী চাউরেন যাত্রা শানএ। হিয়াঙৈ থাদি থাঙজনা হনএ। ১২নি নিংথৌকাবদা খাইদেম লমলোই পোৎশংবা হৱবু লোয়শঙ হৌবদা মী অমনা হুনথরক্লনা শিএ। থানিন নোং শগোলসেন্দা নিংথেমনচিংনা মী ৩০০০ মুনা লুঙন থাংএ[১]। পোয়মু থাদি থাঙজনা হনএ। ৯নি থাঙজদা লমলেন (লম্বেন) ময়ায়দা উরোং থিনএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা শুকপা ইবুংঙো শ্যামশাইগা ২ মানাচিংনা ঙৈরা নাবা চৎএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা ইবুংঙো মা অহনগা হাওবমচা পুত্রনবগা ২মনাচিংনা ঙৈরা নাবা চৎএ। বাকচিং থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২নি নিংথৌকাবদা খাবম লাইফম ২ মানা ঙৈরা নাবা থুংলৈএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা ইবুংঙো সনাহনগা পুত্রনবগা থুংলৈএ। মোইরাং যুমথংবনা সমসোক লৌথোং তেংবমু থুংলৈএ। ৭নি থাঙজদা মচিংদা ঙৈরা তেংগোল চাইথায়বগী লান অচঙবা ২০ ফায়এ। অশিবা ৩২৭ কায়এ। ১০নি লৈপাকপোকপদা ঙৈরানা ফনসে হায়বা শুকনা পাউ শীবকএ। ১৭নি যুমশকৈশদা পানা ৪[২] মাগী লৌমীনা পনশা তান্না চেং হোনচিনএ। ২২নি লংমাইচিংদা বামোন গঙ্গা ঈকপলুবশিং থুংলাএ। ২৮নি থাঙজদা ওম্পাকনাই কৈকংবা থোংঙাইপা শিএ। মতু ২ মাগা শিমিন্নৈএ। কাইরেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২নি যুমশকৈশদা মোইরাং লনহাম্বা লমফাৎপা চৎএ। ৬নি লংমাইচিংদা নিংথেম ঙৈরা নাবা চৎএ। লমদা থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ১৪নি যুমশকৈশদা শুরুম্বং নিংথেমম্বং থংবিচেত্নদা থুংলাএ। নোংমাতা যুমফানতা থুংলাএ। লান হাকনা কায়এ। লনম্বং হাকনা লোকএ। ১৮নি লংমাইচিংদা নিংথেম যুমচাও মৈ হৌএ। থিংবাইজম বাকগী কুম শক ১৬৬০ শজিবোয় থাদি ঈরাইনা হনএ। ৬নি লংমাইচিংদা শুকনা লাংলোং থুন শেম্বা চৎএ। ১০নি লংমাইচিংদা ইবুংঙো শ্যামশাইনা কারোংদা থুমখোং হুকপা চৎএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা থুংলৈএ। কালেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৪নি নিংথৌকাবদা লৌরাউপুং (লোকলাউবুং)

---

১ নিংথেমনচিংনা লুঙন থাংএ—"শক ১৬৫২ কার্ত্তিক পূর্ণিমা ১৫নি বৃহস্পতিবার রোহিণী নক্ষত্রনা পানবদা জয় শ্রী মহারাজনচিংনা শলাই ৭মঃ নগুণ থাংলে। শলাই ৭মাদা পকলিবা তথেল মথাং করো খায়ন কবুই তাংখুন অসি থৈবিক্তো নিংথৌ ঈকপা মমাঙদা পাচা পৌনাঙদা থৈবিক্তো নগুণ থাংদবা কেন্দ্রি ওইও। মাখোয় অসিগী চহ নিংঙোনগা নগুণ থাংবশিংগা লৌনগনো। নগুণ থাংবগী মচা নিংঙোনম্বং মাখোয়দা পীরবোইএ। অসি মতুংদা লাকপা থৈবিকতো মাগী মাগী ময়েক মচুদা লেপহল্লো।"—শজায় কমাং

২ পানা ৪—খাইফম, খাবম, অহল্লুপ, নাহারুপ।

বাংমগী তুরেন থিংএ। ১৪নি থাঙজদা ইপি হীদাক ভুংবীনা মচা শিজবু নিংথেম য়াওনা শুকদা থিনথৈএ। ইংঙা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১০নি য়ুমশকৈশদা মৈতৈলৈমা পাইখু লাম্বী[1] থৈথৈএ। থানিন নোং নিংথৌকাবদা মৈতৈলৈমা মোইরাংথেম চন্থু কম্বাল কাযএ। ইঙেন থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৫নি লংমাই-চিংদা লৈবাক অযাম্বা মুগুণ থাংবিএ। ১০নি ঈন্নাইদা শলাই ৭মাগী মৈহৌবরোন ইবা হৌএ। থবান থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৬নি লংমাইচিংদা নিংথেম শিজ লৈমচীংদা থনচেৎ চানৈএ। লাংবন থাদি থাঙজনা হনএ। ৩নি নিংথৌকাবদা মংসামকৈগী হিবম তৌএ। লম্বেনম্বুং থোনএ। ৫নি য়ুমশকৈশদা শঙ্গায মকনম্বুং থোনএ। ২৬নি থাঙজদা শগোলবন যানকৎতুনা হিবম তৌএ। লাংবন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা শুকনা মোইবাংদা শামু তানবা চংএ। ২৭নি ঈন্নাইদা থুংলৈএ। মেবা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। মযাং হাকনা শিএ। ২০নি নিংথৌকাবদা মোইবাংথেম চন্থু থৈথাএ। পোযম্বু থা ঈবাইনা হনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা মৈতৈলৈমা বাযেনবম চন্থু[2] ২মক কম্বাল কাযএ। ১১নি লংমাইচিংদা শুকনচিংনা ঔবা ন না চংএ। বাকচিং থাদি থাঙজনা হনএ। থানিন থাঙজদা থা শানা ফংএ। ২৯নি থাঙজদা শুকগা ইবুংঙো ঙ্যামশাইগা ঔবা নালা থুংলৈএ। কাইবেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১০নি য়ুমশকৈশদা মোইবা থেম চন্থুনা মচা ইবুংঙো[3] পোকএ। ১৫নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম য়ুমজ ও হৌএ। লমদা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। মুতুম নিরঞ্জননা পেক্রব খুন শেম্বা চংএ। ৫নি থাঙজদা শুকগী[4] শঙ্গায হৌএ। ৯নি শগোলসেন্দা নোংথোনবা য়ুমথংবনা কবো লমলেন থোনশা চংএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা পোংনা ঔবা নাবিও হাযএ। লাংপোকলাকপম মোইবাম্বগী বুমদি শক ১৬৬১ শক্তিফু থাদি শগোলসেন্না হনএ। ১৮নি লংমাইচিংদা পোং চঙখিএ। ঔবা লাইনরম্ভ থুংলৈএ। ২৯নি য়ুমশকৈশদা ইবুংঙো বাংথৈবাকপনা কাবেংদা থুমপোং জকপা চংএ। কালেন থাদি ঈবাইনা হনএ। ৮নি থাঙজদা নিংথেম শিজ মংসামকৈদা লমযেংবা চংএ। ইংঙা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৫নি শগোলসেন্দা নিংথেম-

---

১ মৈতৈলৈমা পাইখু লাম্বী—বাযেনবম চন্থু গোমতী মহাবাণী।
২ মৈতৈলৈমা বাযেনবম চন্থু—গোমতী মহাবাণী।
৩ মোইরাংথেম চন্থুনা মচা ইবুংঙো পোকএ—কেশোর শাই।
৪ শুক—শাগদান।

চিংনা প্রমার্থ ধর্ম লৌএ। ইঙেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৩নি শগোলসেন্দা হাওবমচা শেলুংবগা হুইরোংবম চম্বুগা লুংহাংএ। ৫নি থাঙজদা ইবুংঙো ভংকশাইনচিংনা লুগুণ থাংএ। থাংকুনো হায়বা খিবিকম্বুং থাংএ। থানিন নিংথৌকাবদা থা শানা কংএ। ২০নি থাঙজদা শিজ ৺ফা হাওবম ৺ংবীনা পোং ভোংনা থাঙদা হৈ চানবা চংএ। থবান থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৪নি থাঙজদা ঈশিং চাউএ। ২০নি লংমাইচিংদা পোংকি পাউহনবা থুংলৈএ। লাংবন থাদি ঈরাইনা হনএ। ২৩নি ঈরাইদা গুরুনে নিংথেমনে পোং পাউহনবা ২মা য়াওনা হিয়া থাংদা হৈনৌ চাবা চংএ। মেরা থাদি থাঙজনা হনএ। ২নি লংমাইচিংদা শিজ পাইখু লাম্বরী মযা শিএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। থাশি নেং নিংথৌকাবদা পোং চঙখিএ। পোয়েন্তু থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৬নি লংমাইচিংদা নিংথেম চেকং নাবা চংএ। ৱাকচিং থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৬নি থাঙজদা চোথেপু ঙাহাকমদা মীনা হাংনা শিএ। ১৫নি যুমশকৈশদা থৌরানপিচাক অমনা থাগী মমুংদা চঙখিএ। পুং ৫ লৈবগা অরাংলম থোকলকএ। ওমা থাবু শানা কংএ। ফাইরেন থাদি ঈরাঙ্গনা হনএ। ১০নি লংমাইচিংদা লৈকাইনা কৈরেম্বা থুন থোম্বা থুংলৈএ। ১১নি নিংথৌকাবদা পোং নিংথৌ এয়াম্ববু পোং নিংথৌ ওইহনএ। নিংথেমনা পোং নিংথৌদা পীরম্বা পোংতি ভুলাই ( দোলাই ) তাওং ওবনচিংনা নিংথৌগী পোংলোই অয়াম্বা থৈপিক থাকপা লৈতনা পীরনএ। পোং নিংথৌগী মনাওদম্বুং নিংথৌ মনাওগী পোংলোই থৈপিক পীরমএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম ঔরা নাবা চেকং[1] য়োবা থুংলৈএ। পোংচৈ হাকনা

---

১ **ঔরা মাবা চেকং য়োবা থুংলৈএ**—গবিবনরাজ মহারাজনা ঔরা লাম্নাবগী মতাংদা নিংথৌরোন লম্বুবদা ইবি—"হাওবৈ নোংপোকনা পাংববম ঈংখি ঈরাংথৌ নমথম কাম্না চোং লমশি ঈম্নায থাবনা থামন তাপ্রাং মপুংযাবদা থৌশাথবদি ঔরা তেংকোন ৯ চাইরে। কোহুং লানকা মাঙলে। শানপোক লমনাই শাংগা ঔরা পাম তামরে। লাংগোই শামু ৬ লোকলে। শগোল ১০০ থোয়লে। নোংমৈ ৭০০০ লোংশলে। শাপ্রাং রাহইনরে। হয়েন লাম্নিগীদি নত্তক্রথাং অথৌববু কাইনা হল্লে। ভুবি শাংঙ মথৌমনগী মিংহোংখিএ। ঔরা থোঙলেন লম্বৈথ পেথম কুথোমপোক হমাই তংকন নারোম যাম্না মাখুরোম্বা থৌতোংবা ফুবা তাংকা লানমিং নাই সনা যুকত্তু তুঙবু কাইনা হনবা-ও হৌনা কৌএ। ভুবি সনা মচুং শেনদি অদুম্বং মদোমদে। হাওবৈ নোংপোকলা পাংববম ঔরা থোঙলেন লম্বৈথ সনা মহৈ য়ান লুপা মপান শানা পানবা পুং ঔরা শোইপ্রেং পেথোদা মবৈকাই ঙারা মপান শাং তাংশি মপুংয়াথবু নাপ্তেননা ঐরাবতী লাইজা ঈপান তানা ঔরা ভোংলোই নিংথৌগী সনা থোঙলেন গুমথংননা চেক্যাং মপুংয়াবদা থৌশাথবদি হয়েন লাম্নিগীদি মাংলেক্কথোং অথৌববু কাইনা

লোকলকএ। কোঙমতু কুমান্থং থোঙ ৪ ফাংএ। গরিবনবাজ মহারাজ সনা পূকনীং হয়াংনা থোঙ ৪মাতা থোঙথাং চীংম্থং নোংথাঙ কুপকুম পোনবী গরুম লান তানা শঙাইসেন শাকুতম তুপী চীংলাই লাম্তানপা নোংথৌরেমা অবা চেকং কোম্থং লেনপু থাম্পী মৈরি লাম্তানরকএ। অবা পুমমাতি মমিং কুম্না ঙমতরে।

---

হুরে। কোংমাদা লাইকম চাইবে। চেক্যোং মপু" তাকলে। শাংখু শাংলা চীংলোন লোয়না তুকলেন লানম্রিম চঙলে। সনা তুলাই থোরলে। ফুবা লাইতাউ লোকলে। ঙবা মবৈ মুংলে। চেক্যাং মরমচিংবা মুবা তাংতা লানমিংনাইদবু কাইনা হুরে। তুবি চুংশেন মযান ঙনগী মিং ঙনখিএ। মৈদিংঙু থো"না" ময়াবা শৈবা চেকোং লাম্বা কুপাতাংকা ফাবা-ঙ তৌনা কোএ।" মৈদিংঙু গরিবনবাজনা ঙবা লায়াতুনা মথোয়গী কোম্" লোযগী মযমদা Captain E. W Dun না Gazetteer of Manipur (1886) দা অস্মা ই —

" emerging from theei mountain stronghold, they wage war successfully in the fertile valley of the Irrawaddy, attack and reduce the most important Burmese towns and villages on the banks of the Moo, Chindwin, and Irrawaddy rivers, and at last plant their standard in the capital itself. The truth of this portion of their historical annals receives most unexpected and satisfactory corroboration from the records of Ava, in which all the principal circumstances are narrated nearly as we find them in the chronicles of Manipur, with a trifling variation of three or four years in the dates assigned to them, for the knowledge of which we are indebted to the researches of Leiutenant-Colonel Burney the Resident at Ava. Very shortly after Gharib Neway ascended the throne, he commenced that career of conquest which we find recorded in the Burmese annals. In 1725 he attacked and defeated a Burmese force at the mouth of the Maglang river, the following year repulsed an army of 30,000 men, which had penetrated into the valley, and captured three divisions In 1735 he crossed the Ningthee river, attacked and destroyed the town of Myedu, on the banks of the Mu river, and carried off numerous captives. Two years subsequently he successfully defeated two Burmese armies, amounting to 7000 foot, 700 horse, and 20 elephants, and devastated the whole country from the banks of the Khodoung Choung to Dabayen. In 1738 he again crossed the Ningthee river, attacked and dispersed a Burmese army of 15,000 foot, 3000 horse and 30 elephants, and at the termination of the rains of the same year, at the head of a force of 20,000 men, marched between the Burmese army, three divisions of which occupied the towns of Matsem, Dabayen, and Myedu, and to use the language of the Burmese historians, "without stopping attacked and carried the stockaded positions arouud the ancient capital of Sagaing, of which he obtained possession."

পোইরৈ ঐতে নিংথৌ শ্রীশ্রীগরিবনবাজ মহারাজ অসিদি মীবু নত্তে লাইগী মপোকনে হায়না অরা নুপী নীপা পুন্নমানা হায়নরেৌএ। চেকংতকি লোকলকপদি শগোল শামু শামুক ইরোই লোল্লা সনা লুপা ফিকে ফিরাং পুং পেরে থেনমাই-রাংনা লোকলকএ। শ্রীশ্রীগরিবনবাজ মহারাজ সনা মহাকথক্তদি লাইগী মতৌনে ওন্থোকএ। লানকম থৈবিক্তস্থং য়াইফবা নিংথৌনে। কৈস্থং মশীং থীঙমতানা ফায়এ। নিমান্দি, রামানন্দি, গৌবিয়া ধর্ম ওন্থোকপা থৈপিকস্থং চংহনএ। মনাই মথুন অসোন অনা লায়থুং থৈবিকপু লনথুম ফিবোন যেনবিয়ে। অকন অথৌবা থৈবিকস্থং মতীক মতীক যেংনা পীনহৈবা নিংথৌরেন্নে। নিংথৌ অহুপী হাক্তক্তা ওৈবা তেংগোন ৯ তাবকএ। তথেন তেংগোনস্থং ৭ তাবকএ। থারি অরাস্থং তথেনস্থং ২মা মান্নদনা তাবকএ। অরা তথেন ২মাপু থুংনা ময়না ফারেৌএ। লমদা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৫নি থুমশকৈশদা তথেন লমদগী সন্থাসি অমা থোকলকএ। ২৮নি ঈবাইদা ওৈবা নাবদা বানন নুপী হাংএ হায়ত্নুনা মৈ থায়এ হায়না নিংথেম য়াওনা পাপ কোকএ[১]। মোইবাং কোইবেংগী কুমদি শক ১৬৬২ শক্তিস্থু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা পোংদা শামু ২ পীখিএ। ২৮নি ঈবাইদা তথেন আরোমপু মচানা হাংনা শিএ। কালেন থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা কৈথেন্দা নোংমৈ শিংজং তাহ্নুনা হাও নিপা ১ শিএ। নিমানন্দি চংপা থৈবিক বাবোংএ। ইংঙা থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৩নি থাংজদা ময়াংনা শামু য়াপনবা ২ পুরকএ। নিংথেম মনাও অতোম্বনা ময়াংশা ওকপা য়াপনবা ২ থুংলৈএ। ময়াং নিংথৌগী গুকস্থং য়াওনা থুংলৈএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা পোং নিংথৌনা মত্তু লৈমা য়াওনা থোকলকএ। কারথোংদা লৈহনএ। থাসি নোং ঈরাইদা লাইনা হি অমা গুক্তনা হি ১ নিংথেমনা হি ১ পোং নিংথৌনা হি ১ তোংহ্নুনা হিয়াং শারৈএ। ইডেন থা থা অহন নোংদা পোং নিংথৌ খেথোম্বগী য়াইবু নিংথেমগা পোং নিংথৌগা কুচুদা ফম্মিন্নবদা পীএ। ১০নি নিংথৌকাবদা ইবুংঙো লাইঙম্বগা অতোম চম্বুগা লুহোংএ। পোং নিংথৌদা পীখিবা পোংতি হুলাই তাপ্রংওম্বা, সেকপিন অতৌবা য়া থাও অসিনচিংনা নিংথেমগী পোংলোই অয়াম্বা থৈবিক থাক্তনা পীখিএ। ১৪নি ঈরাইদা পোং নিংথৌ মতৈ মনাও চঙখিএ। য়ুমজাওস্থং মৈ হৌএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা পোং নিংথৌ শাইহ্নুনা নিংথেম শিজ কুমহ্নুনা হৈনৌ চানৈএ। থাশি নোং থাওজদা শিজ বায়েনপম ওংবী নোংথোনবী শিএ।

১ পাপ কোকএ—প্রায়শ্চিত্ত তৌএ।

থবান থাদি লংমাইচিংনা হুনএ। ২২নি লংমাইচিংদা ইবুংঙো শ্যামশাই মবেন আরাম্বম হুজবী শিএ। ২৬নি শগোলসেন্দা ঙাংলোম হীদাকফু কানবা হুজবা শিএ। মতু হুজবী মবাগা কোম্বনা শিমিল্লাএ। ২৯নি লংমাইচিংদা ইপি অরাম্বীনা[১] মচা ইবুংঙো পোকএ। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হুনএ। ৩নি শগোলসেন্দা কৈথেল্দা কৈ লাকএ হাযহুনা থংনৈএ। কৈ লৈঙমদে। ২৩নি লৈপাকপোকপদা হৈরোঙখোক্তা কৈ অমা কায়এ। থাওদৈজম কোংবাম্বনে অবুজমকি অতোনপা খনপাকা ২মা কৈনা চিক্লনা শিএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না হুনএ। নোংমা ঈরাইদা ইবুংঙো শ্যামশাইগী শজায় মৈ হৌএ। ২৯নি যুমশকৈশদা পোং নিংথৌগী মীযাম থুংলৈএ। হিযাঙ্গৈ থাদি ঈবাইনা হুনএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা অঙৌপাম্বা কেঙমোইঙমপা (কো'যাম্বা) শিএ। ২৯নি ঈরাইদা নিংথেম কৈথেল্দা থোক্লনা তাংকা ফৈকক ৫০০০ হুনএ। পোযন্থু থাদি লংমাইচিংনা হুন্রে। নোং খোংনা চুইএ। কোম্বানা লেন পুন মকম চাউবা নিংথেমদা কংলৈএ। ১০নি নিংথৌকাবদা অঙৌপাম্বা পুনাম্বাবা কম্বাল কাযএ। ১১নি লৈপাক-পোকপদা নিথেম অবা নাবা পুঞ্জী তাম্না চাত্রা শানএ। ১৪ নি ঈরাইদা নি ঙোম্বম বেক্রুগী শম্না মচা মথুন শম্নবা পোকএ। বাকচিং থাদি নিংথৌকাবনা হুনএ। ১নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম অবা নাবা চংএ। ১৫নি লংমাইচিংদা থা শানা ফংএ। ২৫নি শগোলসেন্দা অবা ঈপানলম লাকপা ভেংগোনস্থ মেতুলম লাকপা ভেংগোনস্থ মথম্না চেনখিএ হাযনা পাউ তাইএ। ফাইবেন থাদি যুমশকৈশনা হুনএ। ২নি শগোলসেন্দা মবিং খুজং চৌংশাং পুম্নক হৌদ্রনা খুমখোং পল্লেন, লাংঙথেন, ককচিং খুলেন হৈরোক ৪মা মৈ থাযএ। ককচিংনা মবিং ১ বাযএ। মবিংনা হাংপা মী ১০৫ শিএ। ২৮নি লংমাইচিংদা অবা লান শোকনৈএ। লমদা থা ৪নি পানবদা হাওবমচা শগোলসেনবা হুজবনা মবিং লান তানবা চংএ। ৯নি যুমশকৈশদা অবা কানৈএ। ১০নি শগোলসেন্দা মন্ত্রিনচিংনা মবিং নাবা শানএ। ১৩নি লংমাইচিংদা কংলা লাংচৈ (যাঙ শাইপুতা) যিম্মাংগীদা খুবোম অমা চংথোকএ। মাংশোককী[২]—উচন (উচিন) হেনথোকএ। লমদা থাদি শগোলসেন্না হুনএ। ২নি ঈরাইদা মযাং নিংথৌমচা অহনবনা যারোং ইনবা থুংলৈএ। ৩নি থাঙজদা নিংথেম মেতুদগী ওংলকএ[৩]। ৯নি ঈরাইদা

১ ইপি অরাম্বী—গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মনাও ইবেম্মা আরাম্বম চম্ব নাহা।

২ মাংশোক—নাকথা।

৩ ওংলকএ—হলকএ।

পোৎসঙপা সঙপাকি থুমনাম অরোই তম্পাকনাই হাওবনে নিংথোম্বম মাইকৌনে কবো উম্নুংতা পুনসি অসিনা মরিংগী লম্বী কাওদরবগী মাখোয় ৪ অসিনা অনাল লম কাওহন্দুনা নিংথেম তান্না চৎখিএ। ১২নি নিংথৌকাবদা অবা নাবা পাউ তায়এ। নিংথেম অবা নাবা ১৭নি থাঙজগী নায়নপাতা থুংলৈএ। ২৩নি ঈবাইদা মন্ত্রিনচিংনা খুবাইবাবপা সনাহনবনচিংনা[১] লৈপাক অয়াম্বা মরিং নাবা শানএ। ২৪নি পানবা থাঙজা হুমিংতা লমদা থাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৫নি লংমাইচিংদা মরিং হাওনা ইবোম তেল্লোই তিদং হাওচৌবু তেন্না পান্দুনা শিএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা খুনগী লমলোঙ কারোংথেন খুন ওম্না শোবনাএ। লমতা থা থাঙসনা হনএ। ৩নি নিংথৌকাবদা ময়াং নিংথৌমচাবু কোন্না তান্নবপা শামু ১ পুরকপা থুংলৈএ। ৯নি থাঙজদা শুকনচিংনা মবিং নাবা থুংলৈএ। ১০নি নিংথৌকাবদা নোংঙানগদবা পুং ১ লৈবদা লাইরাহাযবগী চাকযমদা নোংবৈ শীংজং তাই। ১৯নি শগোলসেন্দা ময়াং নিংথৌমচা চঙখিএ। কবো লাসোংগী কুম শক ১৬৬৩ শক্তিফু থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা শক্তিফুগী পালোক ওইএ। ২৯নি ঈবাইদা অঙোমচা খোংজোম্বনা মবিং রা হাযনবা শানএ। কালেন থাদি লংমাইচিংনা হনএ। থা অহন নোংদা অবোইনা পোংদগী খোবকপা থুংলৈএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা ময়াং নিংথৌমচা খিনবা যুমলেনবা শামু শেনবা হৃক্কবা থুংলৈএ। ৭নি থাঙজদা পানা ৪ মাদা লাইফমদা অচোইবা, অঙন্নপতা অথনবা, খাবমদা তম্পাক নাই, নাহাকপতা অথনবা নিংথৌনাই শঙখুবা তিনএ। ১৬নি ঈবাইদা অবা লাইপাব সবা থুংলৈএ। ২১নি থাঙজদা অবা লাইপার কম কাএ। হৈরুক পীকৈএ। ইংঙা থাদি লৈপাবপোকপনা হনএ। ৭নি লংমাইচিংদা অবানা কংলাদা কম কাহুনা অঙোমচা খোংজোম্বগা হিযাং তোংহ্নুনা চঙমিন্নেএ। ১০নি শগোলসেন্দা অবা লাইপার কোন্না লাকপবু কম কাহুনা তন্না তানতি নখিএ। ২১নি নিংথৌকাবদা মরিং হুইবিন থৎনাএ। ইংঙেন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ইংঙেন থা ২ শুইএ। ৩নি থাঙজদা চোথে পানয়াওকি হাও ৯ খোংজাইনা কাখিএ হায়বা পাউ তাএ। ৪নি নিংথৌকাবদা সেনাপতি মমা থাংজবী[২] শিএ। ১০নি লংমাইচিংদা শজায়গী থাংপোক শঙকায়এ। অহু হুনিন্তা মহি পানল হাৎএ হায়দুনা মনাও থোকলকএ। ২২নি শগোলসেন্দা থাঙ হুংতেকওম্বা মথনা

১ খুবাইবাকপা সনাজল—শায়দাই খুবাইবাকপা।

২ সেনাপতি মমা থাংজবী—থমলাং পামশবা রা'থৈবাকপা সেনাপতি অমহুং মুংয়াব, খুবাইবাকপগী মমা থাংজম চক্ত থবাওবী, তুবী চবাইবোংবগী মনাও ইবেম্বা।

চোংথোকএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা বামন হঞ্জবা তম্বুথান শিএ। থবান থাদি থাঙজনা হনএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা শঙ্গাযবেন মফম থোনএ। অতু মুমিঙা খুম্নাই অপুম্বা নোংফৌ চীংখোংদা উ যানবা শানএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা অঙোমচা খোংজোম্বগা অবা লাইপাব লৈমা নিবা থোকলকএ হায়না পাউ তাএ। ২৯নি ঈবাইদা নোং চুতুনা মুংশিং শিঙ্গনা লাইবেন লোযশঙ তেকএ। মী ৭ শোকএ। অতু মুমিঙা শুক যুমনাইবা মনাও পঞ্চানন গঙ্গা ঊকপা থুংলৈএ। থাশি নোং লংমাইচিংদা যাইশা লোযশঙ তেকএ। মহাক ননএ। লাংবন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। থা অহন নেংদা যুমখাইবা কনথা না যাৎএ। ১০নি যুমশকৈশদা অঙোমচা খোংচোম্বগা তবা লাইপাব লৈমা নিগে হাযদুনা চুলাই মকপা পুবকপা থুংলৈএ। ১৮নি যুমশকৈশদ অবা ফম কাএ। ২৯নি লংমাইচিংদা পান। ৫ বাকি নাইশন কুপা শঙ্গাযবেনগী উযানবা শুগুনা বাংখৈ হিদং খোং চোম্বনচিনা খোঙশানশিএ। মেবা থাদি লৈপাকপোকনা হনএ। ছিযাঙ্গ থাদি শগোলসেম্না হনএ। থা অহন নেংদা নোংফৌ উযানবা থুংলৈএ। পোযম্ব থাদি থাঙজনা হনএ। থা অহন নেংদা পোং নিংথৌ মনাওগী মযাং লাইপনম্বুং শুকম্বুং ফম বাযএ। ৯নি থাঙজদা নিংথেম শিঙ্গ যাওনা থংবিচোদা লৈকইএ। ২০নি যুমশকৈশদা উশাবা খুম্নাকপা শিএ। বাকচিং থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৭নি থাঙজদা অঙৌপানবা পুবাম্বাবা যম্মাল মুনএ। ২০নি শগোলসেন্দা শঙ্গাযবেন হৌএ। মথোন ৫ সুনা শাইএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা থাগীনা থেবা অঙৌবা পুরক্তুনা নিংথেমদা কৎএ। মাইবেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৩নি শগোলসেন্দা শঙ্গাযবেন শাবদা মী ৫মা শোকএ। অমদি শিএ। ১০নি যুমশকৈশদা ঈপি চিংঙাখম্বীনা পোকপা মচা কতাথন[1] শাই যাইখুবী মচা হরিশাইগা[2] হাওবম চন্দ্র শগোলসেনবা হঞ্জবা মচা ঙুপী ২ মাম্না লুহোংএ। ১২নি ঈবাইদা অঙৌপুংগী লৈমা থাইএ। ১৯নি ঈবাইদা তবা লৈমা নিবা লাকএ। ২০নি থাঙজদা থবানপিচাক মমৈ নাইবা থোকএ। লমদা থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ২নি শগোলসেন্দা উম্রা শঙ্গায় হৌএ। ১৬নি শগোলসেন্দা ইবুংঙো খুরাইলাকপা

১ ঈপি চিংঙাখম্বীনা পোকপা মচা কতাথনশাই—গরিবনবাজ মহারাজগী মনাও ইবেম্মা চিংঙাখম চন্দ্রা পোকপা মজা ইবুংঙো গদাধর শাই।

২ যাইখুবী মচা হরিশাই—মৈ দংঙু গরিবনবাজগী মনাও ইবেম্মা যাইখোম চন্দ্রা পোকপা হরিশাই।

মতু বাযেনবম চমু শিএ। শিজ পাম বাযেনবমগী ফুবা শীদোকএ। গুগ্‌, ক্যাম্বগী কুম শক ১৬৬৪ শজিফু থাদি ঈরাইনা হনএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা শক্তিফুগী পালোক ওইএ। ১৪নি শগোলসেন্দা রঘুনাথনচিংবা অনৌবা ৪ মযাং নোংমৈ শাবা ৪গা ৮ মানাচিংনা ১৩ চঙখিএ। ১৮নি লংমাইচিংদা যুহারাএ। ২১নি শগোলসেন্দা কবো কৈযা লাকপা থুংলৈএ[1]। ২৪নি লংমাইচিংদা যমনামগী নিপা ১না মচন ২ কোইনাহ্নুনা নিপাদি সনাথোনবদা থাইএ। নুপীদি পাসাবিদা থাএ। ২৫নি নিংথৌবাবদা কৈযারাবপা কংলাদা কম কাএ। কালেন থাদি থাঙজনা হনএ। ৫নি যুমশকৈশদা কৈযারাবপবু পুখাবীতা (পুত্রীদা) যম কাহনএ। থাঙ সেকপিন পীনখিএ। ১৩নি শগোলসেন্দা নিংথেম মনাও বাংখৈরাকপা[2] শিএ। ১৫নি থাঙজদা থা শানা বংএ। ইংঙা থাদি নিংথৌবাবনা ২নি পানএ। ইঙেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। থবান থাদি যমশকৈশনা হনএ। ৬নি ঈরাইদা লাইযম হিযাং শাম্নৈএ। নিংথেম বুমএ। ৮নি যুমশ কৈশদা নিমান্দি বাবোংবা লোই থাএ। ক্ষেত্রি চৈতন্য প্রমানন্দ সাইখোম লাংমৈ থাইথেম নবোত্তোম অসিনচিংনা লোই থাএ। ১১নি থাঙজদা সামবৈদা নিংথেম শিজ লম যেংএ। লাংবন থাদি ঈবাইনা হনএ। ১৩নি লমাইচিংদা বাযেনবা, খাইথিবা টবাংলাংবা হঙবা ২মা শিএ। মবিং কবোক তম্পাক বুম্বা ১২০ ফাবকএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা মরিংনা শেনবুং শেনমন পুরক্লুনা কনবিও হাযজবৈএ। ২৯নি শগোলসেন্দা ফুমিদাং যুথক মতু পু ৫ তাবদা যুহারাএ। মেবা থা থাঙজনা হনএ। ৬নি নিংথৌবাবদা ফুমিংযু অমবক হাএ। কৈথেন ওমথংপদা তমুক হাএ। ফুমিদং ১বক হাএ। অতু ফুমিংদ্রো অঙমলক হাএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা কৈনীনা লীবকাইবু মৈ হাযদুনা কৈনীবু গুগ্‌দা লোই থাইএ। হিযাঙ্গ থাদি নিংথৌবাবনা হনএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা থা শানা যংএ। ১৭নি যুমশকৈশদা নাহারূপ লোয়শঙ হোৌএ। পোযন্থু থাদি যুমশকৈনা হনএ। ৪নি থাঙজদা থাংজম যুমফমদা শঙকাযএ। ৮নি যুমশকৈশদা নাইশন চেনবা যাবম্নসে হাযনৈএ। ১৭নি শগোলসেন্দা নিংথেম্নচিংনা লৈপাক অযাম্বা তুবেন পানলোইসে হাযদুনা ফুমিং ২নি লৈযম তমএ। ১৯নি থাঙজদা

---

[1] কবো কৈয়া লাকপা থুংলৈএ—অতোপ্পা কুম্বাবা লাইথিক অমদা "কবো লোই কাবকপা থুংলৈএ" হাযনা ই।

[2] নিংথেম মনাও রাংখৈরাকপা—তুবী চরাইরোংবগী মনাও ইবেমা থাংজম চহ থবা ওঈনা পোকপা থমলা' পামথবা রাংখৈরাকপা, গরিবনবাজ মহারাজগী মনাও ইংবুঙো।

শুকনা খ্বাইরম্বন লম চেনখিববু নিংথেমনা থূরুমলুহুনা হল্লকএ। ২১নি নিংথৌকাবদা ভুবেল পাল্লোইবা ক্লৌএ। নাহাকপ লোযশঙল্লং শঙ্গায়এ। ২২নি লৈপাকপোকপদা মংসামকৈদা নিংথেম শিজ্জনা কৌ যেংবা চংএ। অস্না শঙাইপ্রোদা লেকএ। বাকচিং থাদি ঈবাইনা হনএ। ২৪নি শগোলসেন্দা থুন নাই হুপনা যাওরো তাম্না লৌখোং ভৌএ। ২৬নি থাঙজদা মযাং কৈকংবা লক্ষ্মিপুবদগী মূচমদাবনচিংনা মী ৫৬ থোকলকএ। কাইবেন থাদি থাংজনা হনএ। ৬নি নিংথৌকাবদা যাইবিবোক্তগী শামু যাপনবা ১ ফারক্তুনা থুংলৈএ। ৮নি থাঙজদা বাংগোন মৈহৌএ। ১০নি নিংথৌকাবদা শুকনা খোংজাই নাবা শানএ। ১২নি যুমশকৈশদা শঙ্কাযবেন্দা মযাং কম বাযএ। ২২নি ঈবাইদা ভবালৈমা মনাই নাইকং ২ প্রথমবমচা অমা ৫ মা অরাদগী চেল্লকপা থুংলৈএ। ২৩নি থাঙজদা শুকনা খো জাই নাকনা থুংলৈএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা শঙশাংবি মুকুন্দনা মযাং নিংথৌমচা বোথোকপা চংখিএ। ২৮নি ঈবাইদা থাংজম যমফমদা থাংপোক কমএ। অস্না মানহৌনৈএ। থাশি নোং নেংমাইথিংদা গুকনা নিঙেন্দা থুমখোং ভবপা চংএ। অতু মুনিংতা গুবগী শঙ্গায লাইশঙ মৈ হৌএ। লমদা থাদি নিংথৌবাকনা হনএ। অতু মুমিংতা নোংযাযদা মুহাবাইএ। ৫নি ঈবাইদা নাহাকপ লোযশঙ হৌএ। শেন হোপএ। ১৫নি লংমাইচিংদা কৈথেন অওম্বদা অথনবা। লোযশঙ মনাহুদা নোংমৈ মীংচং[১] তাতুনা মী ৮ শেবএ। যুমজাও লৈমা শঙ্গযনগী নুপী অমা শিএ। বোমোন লসক্তগী কুম শক ১৬৬৫ শক্তিফু থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৭নি নিংথৌকাবদা শঙ্গাযবেন শঙ্গাযএ। ১৭নি শগোলসেন্দা নিংথেম শিজ্জ লমবা শোনচিন্দা লন যেংএ। কোম্বীবৈ চেল্লাএ। কালেন থাদি শগোলসেল্লা হনএ। ১নি ঈবাইদা মংসামকৈ লুপলাকপা খোইদোংবু কৈগী থুন অযাম্বনা হাংএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম মনাও সেনাপতি বাংথৈবাকপা[২] মতু শাংপন চম্নখিএ। ৮নি যুমশকৈশদা মযাং নিংথৌনাইদা পামোল্লা মশু হাংএ চাযনৈএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা নিংথেম মমাঙ মুংতক্কি হৌনা ঈ

---

১ নোংমৈ মীংজং তাবা—বজ্র তারা।

২ নিংথেম মনাও সেনাপতি বাংথৈবাকপা—মৈদিংঙু চরাইরোংবনা থাংজম চম্নখবাঙবীদা থমলাং পামশবা পোকই। থমলাং পামশবা সেনাপতি বাংথৈবাকপনা শাংপম চক্পগা থামবন চক্পগা নুপী অনী লৌই। শাংপম চক্পনা ধর শাই পোকই, ঈ তাদে। থামবন চক্পনা গোবিন্দ শাই পোকএ।

তাইএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা লৈমচীং মৈ হৌএ। ২৩নি ঈরাইদা পোংশংবা লৈমনাইদগী হৌনা য়াইবেকশঙ অচৌবা নিংথৌশেনবা য়ায়বেকশঙ চৈবাকনচিংনা মৈ হৌএ। ২৯ শগোলসেন্দা কবুইনা যণ হুইএ হায়দুনা অথন অতেংবনা লোইথেংবা শানএ। ইংঙা থাদি ঈবাইনা হনএ। থাশি শগোলসেন্দা হাও ১০০ হেন্না খোমলকএ। ২নি থাঙজদা মুনিং মুংলাইতমদা যুহাবাএ। ৩নি লংমাইচিংদা অঙোমচা চন্দ্রমনি মযাংদা থাএ। অত্থু মুমিংতা হাঙ্গোন মযম মৈ হৌএ। ১৭নি লংমাইচিংদা নাহাকপ লোযশঙ শায়এ। মতাপুরুষ কুমএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা নিংথেম শিজা বুমএ। ২০নি যুমশকৈশদা ইংঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থা নোংমাইজিংনা ২নি পানএ। ১৯নি শগোলসেন্দা নিংথেম শিজা নাহাকপ লোয়শঙদা লম যেংএ। ১৯নি থাঙজদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থৌবান থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৩নি যুমশকৈশদা শিংজামগী তুরেল অমনবা মরিন নিংথেম যাওনা তেংএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম শিজা লৈমা য়োইবু য়োইহৈ[1] খিদিক পোং ৪ তোংনা থাজদা বুমএ। বা থাইএ। য়াইরেক্‌চুনা মোইরাং য়োঁএ। ২৪নি শগোলসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি নোংমাইজিংদা নিংথেম শিজনা মুজৈদা পোং তোংনা হৈনৌ চানৈএ। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৩নি শগোলসেন্দা শাপ্না বৈরুংবা শিএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম শিজ লৈমচিংদা থমচেৎ চানৈএ। অত্থু মুমিত্রা ম্নাঅহন্না কৌহুনা কিয়োম ( কিহোম ) চানৈএ। ১০নি শগোলসেন্দা থুংলৈএ। ২৬নি থাঙজদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা লিশম লোক্তা কৈ চনএ। লৈঙামতে। হি ঙোংহুনা ওংলকএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা পানা ৪মা চিবিক্তা কংলাগী উ যানবা শানএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি ঈবাইনা হনএ। ৭নি শগোলসেন্দা নিংথেম্না মযাং গুরুগী কোইরেংগৈদা শন্নাকইএ। ২০নি স্নশকৈশদা স্নাহন্না তুপান্তা ( তুপুন্দা ) হিয়াং চিংবা চংএ। ২৮নি শগোলসেন্দা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়ন্থু থাদি নোংমাইচিংনা হনএ। ১৩নি ঈরাইদা স্নাহলনা হি চিংলকপব নিংথেম শিজনা মোইবাংখোম পুং তান্না ওকলুইএ। থানিন নোং নোংমাইচিংদা গুরুনা অবা নাবা যাত্রা তৌএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা সমসোক লাকপা লাথমগা উশম চন্দ্রমণিগী মচানুপীগা লুহোংএ।

---

১ য়োইবু য়োইহৈ—নিংথেমগী মনাও ইবেমশিং।

২৮নি ঈবাইদা পোয়ন্থুগী সংক্রান্তি ওইএ। বাক্চিং থাদি লৈপাকপোকপনা হুনএ। অহু মুম্মিংতা শুকনা অবা নাবা শানএ। ৯নি থুমশকৈশদা মোইরাং লনহাম্বা কতুবালনা পোংলমদা মামফা নাবা চংএ। ১৮নি শগোলসেন্দা মযাং নিংথৌমচা মুববাক্ত কৈথোকপা বামন সিতাবামনা চণ্ডখিএ। ২১নি নোংমাইচিংদা পানা ৪ মানা থোল্লম্বা চিংখোংদা মুমজাওগী উ যানবা শানএ। ২৭নি থাওজদা ৱার্কচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮নি নোংমাইজিংদা থৱানমিচাক মমৈ নাইবা[১] থোকএ। ফাইবেন থাদি যুমশকৈশনা হুনএ। ৬নি নিংথৌকাবদা অঙৌপানবা পুবাম্বাবগা শিজ অতোন পুইনবতীগা লুহোংএ। ৮নি শগোলসেন্দা যুহারাইএ। ১১নি থাওজদা কংলা খাংপোক বুমএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা কংলা শিএ। ১৬নি শগোলসেন্দা কৈথেল অওম্বদা মবেপ থুবোম অমা হুনখৎএ ( শংকৎএ )। অমা শাইএ। যাত্রা যুক্তোক্কে। ২৪নি ঈবাইদা লাই কংলা শিএ। অমা মানহৌনৈএ। শক্তির থাদি নোংমাইচি না হুনএ। ১৯নি যুমশকৈশদা মোইবাং খেমানা পোইরৌথোং তৌবা শানএ। ২০নি শগোলসেন্দা লৌনমপাল পাললোইএ। ২৩নি লংমাইচি দা নিথেম শিজ তাকতাদা[২] কোম্বিবৈ চিন্নৈএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা মোইরাং লনহাম্বা কতুবান মানফা নাবা থুংলৈএ। ২৭নি শগোলসেন্দা কোনা কোনজিল্লগী হৌনা লৈশাংখোং তাম্না পান্নোইএ। হাওবমচা কৈরুংবনচিংনা থিবৌদগী হৌনা ফৌবাকচাও খাওবা পান্নোইএ। মুম্মিং ৩৬৫ দা কুম লোমএ। থাঙ্গা তখেনগী কুম শক ১৬৬৬—২৮নি ঈবাইদা শক্তিবুগী পালোক ওইএ। অবুক যুথক মতুং পুং ২গা[৩] তেঙ্গোৎ খাংলৈদা যুহাবাইএ। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা হুনএ। ১৫নি লম ইচিংদা নোংযাই মতুং পুং ওদা থাবু শানা যংএ। ২৫নি শগোলসেন্দা নিংথেম শিজ লাইবেনশক্তিক্তা লন যেংএ। ২৬নি ঈবাইদা লাইবেন শক্তিক্তা লম যেংলুবা থুংলৈ। ২৮নি নোংমাইচিংদা মযাং নিংথৌমচা ওকপা শানএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংতা থাদি যুমশকৈশনা হুনএ। ৪নি নিংথৌকাবদা সনা অহনগা মনাওশিংগা মযাং নিংথৌমচা ওকপা শানএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম কংলা শঙ্গাযএ। ১৮নি ঈরাইদা

১ থৱানমিচাক মমৈ নাইবা—থৱানমিচাক মমৈ পানবা।

২ "তাকতাদা" হায়বসি মৈতৈ মযেক ইবা কুম্বাবা অমদা "তাকলেন্দা" হায়না ই।

৩ পুং ২গা তেঙ্গোৎ খাংলৈ—মসিদা হায়রিবা পুং অসি ঘড়িগী পুং নত্তে। তানমৈবগী পুংনি, পানীয় দণ্ডনি, চাউরাকনা মিনিট ২৪না তানমৈবগী মৈতৈ পুং অমনি।

ময়াং নিংথৌমচা কংলাদা থুংলৈএ। ২৫নি ঈরাইদা তেনশুবম খোম্বা ঔরাদগী থুংলৈএ। ইংঙা থাদি শগোলসেন্না হুনএ। ২নি ঈবাইদা ইঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ৪নি নোংমাইজিংদা শ্যামশাই ঔরা চংবা শানএ। অহু হুমিত্তা লোইজিং লমগী কুবাক অয়াম্বনা নোংপোকলম পাইএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা বাংমা কৈরোইদা নিংথেম চন্দ্রনা কৈ অমা কাযএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা মোংবীম্না মচা শিজ পোকএ। ইঙেন থাদি থাঙজনা ২নি পানএ। থা অহন নোংদা মযাংনিংথৌ মতু হুম তৌএ। ৪নি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ৫নি লৈপাক-পোকপদা থাংজম বুমকমদা মযাং নিংথৌমচা থিনথৈএ। ৯নি থাঙজদা নিংথেম শিজনা কাবাখোংদা হৈনৌ চাবা চংএ। ১০নি নোংমাইজিংদা মযাং কম কাযএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা নাহারুপ অহল্লুপ হিযাং তান্নৈএ। মযাং নিংথৌমচা তোংএ। ২৭নি যুমশকৈশদা মযাং নিংথৌমচাদা ময়াং লৈমা থিনথৈএ। ২৯নি ঈরাইদা কৈশুমদগী কৈ চেনথোকখিএ। থাশি নোং থাঙজদা খেমা লরাইদা নিংথেম চন্দ্রনা কৈ ২ কায়এ। থবান থাদি নোংমাইজিংনা হুনএ। ৫নি যুমশকৈশদা কৈবাঙদা নিংথেম চন্দ্রনা কৈ ২ কাযএ। ৬নি শগোলসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ৭নি ঈরাইদা নিংথেম হন্দ্রুম্না হৈ চানবা লেঙএ। লাংবন থাদি নিংথৌকাবনা হুনএ। থা অহন নোংদা ফরাইকোন শেমএ। ২নি লৈপাকপোকপদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৩নি থাঙজদা মা অহন মতু হাওবম চম্নু শিএ। ২২নি নিংথৌকাবদা ঔরা নিংথৌগী শাগৈ ২মাগা নন্দ শবাগী মাইবা থিয়া গৌবাংগা থুংলৈএ। ২৪নি যুমশকৈশদা কুচুদা ঔরা ফম কাএ। মেরা থাদি যুমশকৈশনা ২নি পালএ। ৪নি ঈবাইদা ঔরা ফম কাযএ। অহু হুমিত্তা তেনশুবম খোম্বনু শুম্না থাইএ। ৫নি থাঙজদা ঔরা লৈমা নিবা চঙখিএ। ৮নি যুমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি ঈরাইদা নিংথেম চন্দ্রনা চিজোম্দা কৈ অমা কায়এ। কাক তানবা[1] চংপদনে। ২৮নি নিংথৌকাবদা ঈশিং চাউএ। কৌ

---

১ কাক তানবা—মেরা থাগী তরানি পানবা হুমিংপু কাক তানবা হুমিং অমদি কাকযাত্রা হায়না কৌই। হুমিং অসি অঙম অখোশিংগী যিজেং তান্নবা অচৌবা কুইৈ অমনি। কাকযাত্রা যৌগদবা হুমিং থংগী মযাঙদা মফম অমদা কাক মন্নাম্না চানবা চৌলাক পোচ্চে থালোকই। কাকী চৌলাক থাবগী ওবক অসি লনা কোচংগী মঙং চৈরাপনা তৌই। কাক মযাম হুমিং থুদিংগী মচৌগ্লাক থুনবা মফম অহল্ল লাকপদা কাকযাত্রা হুমিং অহুদদি মথোয়গী মশাদমি পানহন্দনা নোংমৈ কাঙদা নোংমৈ মথোন ওাবদা কাক মযাম অহু পাইখিনবা তাম্নোকই। কাক-শিং অহু কদোমদা হায়া পাইযগা মায়গৈ কদোমদা পাইখিবগে হাযবহুগী মতুং ইন্না কুম অহল্ল

চাহৈদা লাকএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৯নি ঈরাইদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা ময়াং লৈমগী লমকাংপা কম্বান শানএ। ২২নি শগোলসেন্দা ময়াং নিংথৌ মচাগা লৈমগা লময়েংবা ফুবালাদা কুমএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা থুংলৈএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা ঔরাদা মহাপুরুষ সিলা ওইখিএ (নোংবাযে)। থাশি নোং ঈবাইদা ঔরাদগী শ্যামশাই থুংলৈএ। অদু মুমিত্তা নিংথেম নিংঙোম্বা ময়াং লৈমগী দমক য়ু থকনাএ। পোয়ম্বু থাদি থাঙজনা হনএ। থা অদুদগী হৌনা লাইঙ্গাও থোকপা হৌএ। ৩নি নিংথৌ-কাবদা ময়াং নিংথৌমচা কংলাদা যাত্রা তৌএ। অদু মুমিত্তা ময়াং নিংথৌগী গুরু পুর্ণানন্দ নোঙ্গাইএ। ৫নি যুমশকৈশদা হিদাকশুংবী মচা[1] হরিপ্রিয়া—কৈথেন অঙম্বদা ময়াংদা থিনদোকখিএ। মমাম্বু থিনএ। ৮নি থাঙজদা পোয়ম্বুগী সংক্রান্তি ওইএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা শিজ গুরু ওংবীনা গঙ্গা ঈরুপ্পা চংখিএ। ১২নি যুমশকৈশদা কৃপারাম ময়াং চঙখিএ। ২৭নিদা অরা লাইবার চঙখিএ। থাশি মুমিত্তা মোইরাং কম্বান লমশেম্বা থুংলৈএ। বাকচিং থাদি নোংমাইচিংনা হনএ। ৫নি ঈরাইদা মমা অহন চিংশাইনা লমবোইবা পৈত্রদাস ওকপা শানএ। ৮নি নিংথৌকাবদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। অদু মুমিত্তা লম্বোইবা পৈত্রদাসবু নিংথেমনা হাওগৈদা ওকলুহনা তম্মা থুংলৈএ। পানা ৪ মাম্বু কোনা কোনচিন্দগী তুরেল পাল্লোইবা হৌদুনা কোইরেমকৈদা তোকএ।

গোকলগদবা শা লানগা অক ফত্তা থুদম থঙনৈ। অদুনা ভুমিং অসিবু বাকতানবা হুমিং নৌই। ভুমিং অসিদ মফম অমদা মহারাজগী সামাওদা কুটৈ তৌরিউৈদা অশোপ্পা মফম অমদা রাবণ কাপ্প' হায়বা অমগ্ন তৌই। ভুমিং অসিবু হিম্বুশিংনা বিজয়া দশমী হায়না থঙনৈ। ভুমিং অসিগী অয়ুক্তা মা কেক্তদা রামজি প্রভু লেংশিশুনা সেনাপতি বরিবগী থৌরম অমা তৌই। হংখিন্দনা অঙম অথৌ পুন্নমক মাগী মাগী ম ঊাক চাবা ফিজেৎ লৈতেং তৌদুনা লোলাই হোঙ্গুনা নত্রগা শগোল শামু তোংদুনা কাম্বকই। মফম অমদা নিংথৌগী সনা মাওদা পানাগী তা থৌশাবা থাঙ হাইবনচিংবা কুটৈ তৌই। মফক অদুদা মহারাজদা কাক পাউ ভম্মি অতগা রাবণ কাপ্পগী পাউম্ব তমই। মহারাজ লেঙশিল্লিবা মফম (বাকপঙ) অমসুং থাঙ তাগী কুটৈ তৌকম অদুগী নোংপোক থংবদা থকং অচৌবা অমদা ঊশিং হাণ্ডুনা মিয়েংফু অমা থিন্নি। হুমিং অদুগী কুটৈ লোইশিল্লকপদা নিংথেমনা মিয়েংফু অদুগী মনাক্তা লেঙশিনগা পণ্ডিত অচৌবনা মহারাজগী বেংথংবা খুত্তা মা দুপা কোনম্বাই পারহন্নগা মিয়েংফুদা তাবিবা নিংথেমগী মি অদুদা কোনম্বাই হল্লি।

১ হিদাক শুংবী মচা—গম্বিরসিংহ মহারাজগী মনাও ইবেম্মা মাইবম চনুনা পোকপী মজাইবেম্মা।

লোকলাউদি মোইবাং কম্বায়া তৌএ। শন্দোখোংন্থ তৌএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা মোংবীয়া মচা চউমএ। ২৬নি শগোলসেন্দা শিজ মোইবাং থাবগী শজায় মৈ হৌএ। ২২নি লৈপাকপোকপদা অঙোমচা চক্রমনি ময়াং লৈমা থিনজিনবা থুংলৈএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা ভম্পাকয়ুম মৈ হৌএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা পানা ৪মানা পালোইবা থুংলৈএ। থাশি নোং য়ুমশকৈশদা শিজ অঙোনবী য়ুমথৈদা মৈ হৌএ। লমদা থাদি শগোলসেন্না হুনএ। অহু য়ুমিংতা লাই বংলা মৈ হৌএ। ৫নি নিংথৌকাবদা মোইবাং কম্বানগী য়ুম মৈ হৌএ। ৮নি শগোল-সেন্দা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা ইবুংঙো[1] ঙৌত্রাম মচন ময়াং লৈমা থিনবা থুংলৈএ। য়ুসম মাইচৌগী কুম শক ১৬৬৭ শক্তিকু থা ঊবাইনা হুনএ। ৮নি থাঙজদা শজিয়ুগী পালোক ওইএ। ১০নি লংমাইচিংদা শজিয়ুগী সংক্রান্তি ওইএ। ১১নি নিংথৌকাবদা কবোপনচাং ঊবা চঙবা লাইপনগা লৈমা নিবা থুংলএ। কম কাহনএ। ২১নি শগোলসেনদা ঊবা লাইপন চঙথিএ। ২৩নি থাঙজদা লাইবিক যেংবা লম্বাইদা কৈ অমা কাযএ। কালেন থাদি লংমাইচিংনা হুনএ। ৫নি শগোলসেন্দা ক্যাংখোং মবিন্দা নিংথেম শজাই থাংপোক হৌএ। ৬নি ঊবাইদা পুরুম নিংথৌনাইবু তপাও খুমন্দা হোংহনএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম শিজ কোইবোগৈদা লমযেংবা চংএ। ময়াং নিংথৌন্থং থোকলকএ। ২৭নি ঊবাইদা ময়াং নাকে নিয়াএ। ইঙা থাদি লৈপাকপোকপনা হুনএ। তাংখুন হৈনৌপোক তোংববু শন হুইএ হায়দুনা খোমলুবা থুংলৈএ। ১১নি শগোলসেন্দা ইঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৮নি শগোলসেন্দা আথামগী য়ুমদা কৈ অমা চঙদুনা নিংথেম চন্থুনা কাযএ। ২০নি থাঙজদা শিজ তম্ফা হাওবম ওংবী শিএ। ইঙেন থাদি শগোলসেন্না হুনএ। ক্যাং ইংখোন্দা নিংথেমগী শজায়ন্থং কৃষ্ণগী লাইশংন্থ শজায় হৌএ। ৬নি নিংথৌকাবদা শিজ অতোন খুরাই লৈমা শিএ। ১০নি শগোলসেন্দা খুরায়দা শিজ অতোনগী লুবু লৈয়েন চিন্দুনা যুলাইদা হাপ্পুনা লুহোংপোং থৈবিক য়াওনা অঙোমদা থিমথৈএ। লুদি অঙোপাম্বনা পুএ। অহু য়ুমিত্তা হিদাকশংবী মচা ঙৌত্রামনা কম্বান মশুগা[2] লুহোংএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ।

---

১ ইবুংঙো ঙৌত্রাম—গরিবনবাজ মহারাজগী মনাও ইবেম্মা মাইবম চনুনা পোকপা ঙৌত্রাম শাই।

২ কম্বান মশুগা—মোইবাং লনহাবা কম্বানগী মশুসুগীগা।

২১নি নিংথৌকাবদা ইবুংঙো অকোইজম তাবা রামচরণ শিএ। থবান থাদি ঈরাইনা নিনি পানএ। ৭নি শগোলসেন্দা লৈমপোকপমগী মুবা কৈদা শেমএ। অদু মমিত্তা মুতুম মুরাখিনা থাঙজবা কৈরুংবগী য়ুম চঙএ হায়দুনা থাঙনা য়ানএ। ১৩নি যুমশকৈশদা বামোন রামগোপালনা শিজ তংকা শিজ অতোন ২ মাগী লুবু গঙ্গা য়ৌও হায়দুনা পীখিএ। ১৭নি থাঙজদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাদি থাঙজনা হনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা পানা ৪না শঙ্গাইরেনগী উ য়ানবা শানএ। অদু মমিত্তা শঙ্গায় মযম থোনএ। ৬নি যুমশকৈশদা পাখংবা নোংথৌদগী[1] ( নোংথক্তগী ) খাওরৌ মচা ওইনা খিকৌ মমাংদা তারকএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২০নি শগোলসেন্দা ক্যাং ইংখোল্দা মুংয়াং কম কায়এ। ২২নি থাঙজদা পাশারি খোম্বু শামু তোংদুনা খিনথৈএ। ২৮নি ঈপাইদা খোইবু নোংচেংদা পোংলোইএ। ২২নি লৈরমএ। মেরা থাদি নোংমাইচিংনা হনএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা ময়াং লৈমনাই লুপ-লাকপা দামুদরবু শামু তোংনা খিনথৈএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা তুরেন ময়েক নাইনা ঈগুন ঙাংনা চেনবা য়াওএ। ১৯নি শগোলসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি লৈপাকপোকপনা ২নি পানএ। ১৪নি নোংমাইচিংদা হিচাবা বৈকংওা উ য়ানবা থুংলৈএ। ১৭নি যুমশকৈশদা পাখংবগী শঙ্গায় য়ুমকাও মচুংগী লাইশং মথোল নাইবা ইংগ্রি তৈবা হৌএ। ১৯নি ঈরাইদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি নোংমাইচিংদা পানা ৪মা উ য়ানবা থুংলৈএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা ডাংবম হাওবমতোম্বা নূপী শানা মচুং চংএ। শিজ অতোনবু পোংশেমএ হায়দুনা পাশারিদা থাইএ। পোযন্থু থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৩নি ঈরাইদা শিজ গুরু ৫ংবীগা রূপরামগা বংকাদগী থুংলৈএ। ১১নি থাঙজদা য়ুমলেনবা য়াইস্কুল লাকপা শিএ। ১৫নি পানবা শগোলসেন্দা নোংডানবা মতুং পুং ১ ভেঙ্গোৎ থারৈদা শজায়রেন মথোনিং তুবা শাইএ। মথক্তা ( ময়াঙতা ) কিয়োং হাপএ। য়োংকী উচেক চিনএ। লৈরেন হাপএ। অতু মমিংতা যাংংবা মতুং পুং ৪ তাবদা য়ুহারাইএ। ২০নি নিংথৌকাবদা পোয়মুগী সংক্রান্তি ওইএ। বাকচিং থা ঈবাইনা হনএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা ময়াং নিংথৌনা শামু তোংদুনা চঙখিএ। ৮নি ঈরাইদা বপেং থোংবাম্বাবা কৌক্রক কয়েং থমপাহা খুনজিংবা চঙখিএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ফাইরেন থাদি থাঙজনা হনএ। ৬নি শগোলসেন্দা মন্ত্রিগী য়ুম মৈ হৌএ। অঙোম

১ নোংথৌদগী – অগ্নিয়াদগী।

য়ৌনা চাকএ। অদু মুমিত্তা বৈতৃদাস মহন্ত ঔবাদা চঙখিএ। ৭নি ঈরাইদা শোংপু হাও চিংশাংনা লান হৌদুনা মৈতৈ শোকএ। মী ১ কমখিএ। ৮নি থাঙজদা ইবুংঙো য়ুমথংবা শঙ্গাই তাবা নোংথোনবা ৪ মানচিংবনা লাম্মীগা লোয়নবদুনা লান চংএ। অদু মুমিত্তা মুমিং য়ুংবা মতুং য়ুথক্তা ক্ষেত্রি লোয়শঙদগী লোয়শঙ থৈপিক চাকএ। কংলানচিংবা চাকএ। চংলমদি চাকতে। ১০নি নিংথৌকাবদা কবুই থিংলোং চাইথাইএ। মী ৪ হাংলমএ। হাও ১ শিরৌএ। ১১নি লৈপাক-পোকপদা ময়াংলমগী লম্বোইবা ৩ থোকলকএ। অদু মুমিংতা অঙোম য়ুমজাও মৈ হৌএ। ১৩নি শগোলসেন্দা কবুই চোথে চাইথাইদুনা হাও ১০৫ হাংলে। ১৪নি ঈরাইদা কৈকংবা শানএ। অদু মুমিংতা পোং নিংথৌ মহিপান মতু ঔবাদগী থোকলকএ। থাশি নোংমাইজিংদা শামুপন শোকএ। লোইতোংবা তথেন্দি তানা থিল্লমএ। থোকচোমচা অমদি মকোক লৌথিএ। ১৯নি শগোলসেন্দা কাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২০নি ঈরাইদা ইবুংঙো খুইরাকপা কংবামুং লান তানবা শানএ। ২২নি নোংমাইজিংদা ময়ুরোন শোকএ। হাওনা তবথোবতামএ। হুংনা মীতা শোকএ। ২৮নি থাঙজদা আশাচেম্না তাংখুন খুলানবা অমা কাবকএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৪নি নোংমাইজিংদা নিংঙেন বকময়াইদা শামু লমশা কাববু কললকএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা থা শানা যংএ। ১৯নি ঈরাইদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। থাশি লৈপাকপোকপদা মুমিংপু শানা যংএ। শজিবু থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৬নি নিংথৌকাবদা পোং লৈমগী লু পুরকএ। অপোং ইংথোন্দা ফুমএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা তাংবন কৈরুংবা মতু শিজ য়াওনা পাশাবিদা থাইএ। মুমিং ৬৬৫নিদা কুম লোইএ। ঙাইরাংবম মুংয়াংগী কুম শক ১৬৬৮, ২০নি নোংমাইজিংদা শজিবুগী পালোক মুমিং ওইএ। ২৮নি নোংমাইজিংদা নিংথেম মনাও অতোম্বনা পোং শেমগে হায়না শানএ। কালেন থা শগোলসেন্না হল্লে। ৭নি য়ুমশকৈশদা কংলা থাংপোক হৌএ। অদু মুমিংতা শঙ্গায়রেনগী লৈরেন কাথংলে। ৮নি শগোলসেন্দা মাচিং মালক মানকং খুজং ৭মা কম কায়এ। ১৮নি নোংমাইজিংদা বাথাগী হুপা অমনা মতুনা মরুপী নাই হায়দুনা মবানা থাঙনা য়ান্দুনা শিএ। ২৮নি য়ুমশকৈশদা নিংথেমনা কবোগা লাইরিক য়েংবগা চারোননৌও হায়ববু য়াদে হায়না কবো অচোইবা হজবা লাথম মতু মবা তম্পদা থাইএ। ২১নি য়ুমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২২নি শগোলসেন্দা লাখোংগী তাইবোংবু শামু তোংনা মথুন্দা কাহনলে। ইংগা থাদি থাঙজনা হনএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম শিজ লময়েংবা শানএ।

মহারাণীদি জয় নগরদা লৈরেৌএ[1]। মহারাজদি মরিং চীংথক য়েৌএ। ভরা জয়নগরদা হললকএ। মনোং শোই। ১২নি য়ুমশকৈশা ছুমিংতা নিংথেম শিজ লৈম য়োইরেন য়াওনা লাইচৌথেন্দা লম য়েংএ। জগোই শারেএ। ১৪নি ঈরাইদা নিংথেমম্বীদি কৈজ্ঞালেংথাং শেত্তুনা কৈথেল অওম্বদা থুংলৈএ। ১৮নি লৈপাক-পোকপদা গোবিন্দ্রাম লেলুংবা শিএ। ২৫নি থাংজদা য়াংপু খোংখোং ওই হায়দুনা নোং চুইএ হায়না লৌথোকএ। ২৪নি নোংমাইজিংদা ইংগাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮নি শগোলসেন্দা অঙোমচা চন্দ্রমনিবু হুগ্‌দা থাইএ। ইঙেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৬নি য়ুমশকৈশদা শঙ্গায়রেন শঙথোন ৫ থোনবা য়োংকী লৈবেন হাপ্পা শঙ্গায়এ। ১৯নি ঈরাইদা অওম্বা শংলিংববু শামু তোংহনা পুং য়েহনা কৌথংলে। ২৪নি য়ুমশকৈশদা মাইক লাবপা মঙ মৈতৈ চম্বু থোইবী কৈথেল অওম্বদা চঙথিএ। অতু হুমিত্তা শিজ খুরাইলৈমা পুন্যবতীগী কুম ওন শকএ। ২৬নি ঈরাইদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাদি লৈপাক-পোকপনা হনএ। ৬নি শগোলসেন্দা থাঙ্গ মোইরাং নুপী ঈরন তাবগী মুপী অয়াম্বনা হি হোন্দুনা নিংথেম শিজ কারাথোংদা হৈ চানবা চংএ। অতু হুমিংতা য়াংরেকশঙ হোৌএ। ৫নিদা হৈ চানবা চংএ। ৭নি নিংথৌকাবদা কোংবগী হিকু থোংদা নিংথেম চংনা কৈ অমা ফায়এ। ৯নি য়ুমশকৈশদা শঙ্গায়রেন কমাংদা নাপেংকা ভীয়ানকা শিংডোন লোনৌও হায়না বায়েন ভৌএ। ১০নি শগোল-সেন্দা লৈশাংথোংদা নিংথেম ভা চানবা চংএ। ১৪নিদা লাঙ্গোন ভাচাপুংদা কৈ অমা ফায়এ। ২০নি থাঙজদা থবানগী সংক্রান্তি অহনবা ওইএ। লাংবন থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। অতু হুমিংতা কমদোনা য়ু থরগে হায়দুনা সনামহীদা য়ুপান থাইএ। ১১নিদা রোং যাত্রা হৌএ। মেজু থোংদা সনাহনগী হি লাকএ। লাই মাঙএ। ১২নি লংমাইচিংদা চাওপোক্তা কৈ অমা ফায়এ। ১৮নি থাঙজদা লুরাংলোন থৌবুম থুজং অছম্মা কুমলক্তুনা কৈথেন্দা কম কাহনএ। ২০নি নিংথৌকাবদা পুগ্রনবা সেনাপতি শিএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা নাইচানা য়ু থরগে হায়দুনা হন্নুমন্তদা য়ুপান থাএ। ২২নি য়ুমশকৈশদা বেক্রুপান চংএ। নোংমা মোইরাংথোম, নোংমা কৈথেল। ২৫নি থাঙজদা হন্নুমন্তদা কবুই নংগ হায়না রাশকনৈএ। ২৬নি লংমাইচিংদা মহারাণী য়োইবু য়োইহৈ পুন্নদক ফিরেন শেত্তুনা সনামহিবু কৈথেন্দা য়ুথকনৈএ। ২৯নি য়ুমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। থাশি নোং শগোলসেন্দা হুংমু হাওনা কৈথেন্দা কম কায়এ।

---

১ লৈরেৌএ—লৈহোৌএ।

মৈকাপ্পী থাবদা নুপী অমা শোকএ। মেরা থাদি ঈরাইনা হুনএ। ২নি থাঙজদা কম্বাননা কবুই নাগদবগী লম কাংপা শাল্লে। ১০নি থাঙজদা নিংথেম কবুই নাবা নোংঙানগদবা পুং ৩ লৈরিঙৈদা শাল্লে। ১৪নি যুমশকৈশদা কাছাড়িদগী ঙাংবম মাফোং থুংলৈএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা লম্বোইবা দযারাম চঙখিএ। নিংথেমনা যুকগী মোইরাং কৈথেল্দা লাংথোং তৌরমএ। কৈতুং শারমএ। কবুইনা তেংগোন্দা থুকমলৈএ। থাশি নেং ঈরাইদা মেরা থাগী সংক্রান্তি ওইএ। ৩নি নিংথৌকাবদা কৈথেন অওম্বদা নিংথেম থুংলৈএ। অহু মুমিত্তা কবুইনা ময়াং ৩ তং ফাহ্না থিনহৎলম্মে। ৪নি লৈপাকপোকপদা রায়েনবমচা নোংথোনবা খেলেম্বনাচিংনা ময়াং হাৎপগী রাথিনবা[1] চৎএ। ১২নি যুমশকৈশদা কোম্বা ইন্দ্রমদা অথন অতেংনা কৈ অমা ফায়এ। ১৩নি শগোলসেন্দা লম্বোইবা শ্যামদাস পোংদা চঙখিএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা নোংথোনবা কবুই রাথিনবা থুংলৈএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি নিংথৌকাবনা হুনএ। ১৮নি থাঙজদা যুমনাম তেনবগী ২নাইনা ঘণশা চায়এ। পোৎশংবা তোংত্রম মুবা মনাইনম্ব মী হাৎলে হায়না ১মক মনা লেন্দুনা পাশাবিদা থাইএ। পোয়ম্বু থা লৈপাকপোকপনা হুনএ। ২৩নি যুমশকৈশদা শামুনা কৈথেল চাইথায়এ। ২৪নি শগোলসেন্দা ময়াংলাংজিংদা যৈনবদা শিরে হায়না অয়েবা অহুবু জুগ্‌দা থাইএ। রাকচিং থা শগোলসেন্না হুনএ। ৩নি ঈরাইদা ফিশম অহোংনা মতুবু মাগী গুকদা পীএ হায়দুনা তৌঙাই নংত্ত হায়দুনা জুগ্‌দা থাইএ। ৫নি লংমাইচিংদা লম্বোইবম্ব বংলা শঙবম্ব কাংচৈ নাইএ। নিংথেম শিঙ্গ থোকএ। ৬নি নিংথৌকাবদা পানা ৪ মন্ত্রী থোগনবা লৌথোকসে হায়নৈএ। ৯নি ঈরাইদা কবুই লোইতোংবা শানএ। হাওম্বুং য়েখিএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা সাৎপমগী পানজিনা তুমুয়োক্তা খুনশেম্বা শানএ। নোনে খুলাকপবু শামু তোংনা থিনথৈএ। ১৬নি ঈরাইদা কবুইনা পোং শোক্কে হায়ববু কবুই অনৌবনা লমথাংদা থুগায়রে। হাও চিঙোং হাৎলকএ। ১৮নি লংমাইচিংদা নিংথেম মনাও অতোনবা পোং চৎপা শানলে। ১৯নি নিংথৌকাবদা ইবুংঙো নিংথেমচা সেনাপতি রায়েনবা নোংথোনবা ২মানচিংনা কবুই লাকোক নাবা চৎলে। ২০নি লৈপাকপোকপদা কবো লৈমা স্নশম চন্দ্র চঙখিএ। থাশি নোং শগোলসেন্দা রাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। মহন্ত দয়ারাম চঙখিএ। ফাইরেন থা ঈরাইনা হুনএ। নিনি থাঙজদা কম্বাননা লোইচিং চীংয়াগী লৌরাই খিবিক লাংথোং তৌবা শানএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা ইপি লাইকম হুজবী শিএ। ৭নি

---

[1] রাথিনবা—হুন্দ তৌবা।

শগোলসেন্দা লাংজিংদা কৈ অনী কায়এ। নিংথেম চংলে। ১০নি নিংথৌকাবদা শিযাংপম[1] পাজিনা নোনে খুন লেম্বা থুংলৈএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা শিজ র গোন ভগীগী শজায় মৈ হোৎএ। কুমিদাংদা ক্যাং ইংখোল্দা মৈ হোৎএ। ২৭নি যুমশকৈশদা পুথ্রীগী লাইশঙ মৈ হোৎএ। সংক্রান্তিশু ওইএ। অকোইপ্ত ছি শাবা পি মাগীস্থু মৈ হোৎএ। লমদা থা লংমাইচিংনা হুনএ। ৩নি লৈপাক-পোকপদা অরা নিংথৌগী মনাওনা মণিনে হায়দুনা নিংথেমদা কংলৈএ। ৮নি লংমাইচিংদা অরা লাইবারগা লম্বোইবা ১ বামোন ৪গা থোকলকএ। ১১নি যুমশকৈশদা লাইশ্রমচাওথেকনচিংনা মী ২তং গুদ্রদা থাযএ। ১৫নি লংমাইচিংদা ঙরা লাইবাব বামোন ৪মাগা ফম কাহনএ। ২২নি লংমাইচিংদা স্লসম চম্ব ওইনাম ওবীবু মরানা থাইনৈএ হায়দুনা নোংখোম্বমদা ওংএ। ওইনামনা ঐদি খাইনদে হায়দুনা নুপী মহাকপুম্বু ৈফেদবুম্বুং যে হায়দুনা নিংথেমনা জৌৱাই নত্তে হায়না ফৈদানা মাগী যুমবু শামুনা চিংথেকএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা থাবম জোইতোংবনা চাবোই খুম্বা ২ চুং ৫গা লোকলবএ। ২৯নি নোংমাইজিংদা থা শিএ নিংথৌকাবনা হুনএ। শগোলসেন্না সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি লৈপাক-পোকপদা ক্ষেত্রি গদাধরনে, রঘুনাথ দাসনে থাত্রনগী শিকারথিগা ওমা অরা ল ইপন লোযননা চঙখিএ। ১১নি যুমশকৈশদা নোংয়াই মতুংদা তাইবংখাইবগী[2] চাকযমদা মৈ হোৎএ। ১২নি শগোলসেন্দা তেনগুবম খোমবানা শামু মচা অমা শগাই শানা পুরকএ। ১৭নি যুমশকৈশদা নিংথেম শিজ স্থোঙ মমাঙদা থাবলদা খোং চিংনাইএ। ১৮নি শগোলসেন্দা কৈথেল্দা নিংথৌশেনবগা লৈকাই নাহাগা খোং চিংনাইএ। ২০নি থাঙজদা লমকা কোনচিল্দা কোম্বিরৈ চিরৈএ। লমতা ২১নি লংমাইচিংদা শামু শেনহোংবা ঙাৎএ। যুমনামগী শামু শেনবা অমা শোকএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা নিংথেম য়াওনা শামু শেনহোংবা কায়এ। শামু য়াইশা রাজবলহোপ থাজপাংডা পুংথরে। পেরে শিংগা য়াওনা চিংথংলে। ২৫নি যুমশকৈশদা নিংথেম মনাওনা কক্রন্দগী থুংলৈএ। শজিকু থাদি নিংথৌ-কাবনা হুনএ। ১১নি ঈরাইদা নিংথেমচা শংগোইতাবগা[3] খুমম্বো ইঙ্গিংলোই হৃজবা মচাগা লুহোংএ। কোনশম মাইমুগী কুমদি শক ১৬৬৯—২নিদা শজিকুগী সংক্রান্তি হোৎএ। ৪নিদা থাঙশাবা কৈরংবা ইরিন পালোইবা থুংলৈএ। কালেন

১ শিয়াংপম—শাংপম।

২ তাইবংখাইবা—লাইনিংথৌ সনামহী।

৩ শংগোই তাবা—গম্ভিরসিংহ মহারাজগী মচা ইবুংঙো ভরতশাই।

থা য়ুমশকৈশনা হনএ। ৩নি ঈরাইদা কালেন থাগী সংক্রোন্তি ওইএ। অহু হুমিত্তা মক্তিগী লাইশঙ শজায়এ। নাহারূপ থাবমনা থাক্রন্দা কৈ অমা কায়এ। ওকলাবা ২গা কায়এ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা তাম্‌লোক তাবা পোংদগী থোকলকএ। ২১নি নিংথৌকাবদা পোংচংবা বাকোংএ। ২৩নি য়ুমশকৈশদা লাইরিংথৌ পাখংবনা হুনচিংদগী কম্বাল কাবএ। ২৭নি লংমাইচিংদা য়াংঙম্বম অরোইবা সনা ছুই ছায়তুনা পাশারি থাইএ। ইংঙা থা ঈরাইনা হনএ। ৪নি নিংথৌকাবদা ইঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ৭নি শগোলসেন্দা নিংথেমচা তোলেন-তোম্ববু[১] শুগ্‌ থাইএ। তম্না থাংশাবা লাংমৈগী মচাগা লুহোংএ। ৬নি ঈরাইদা বৈকুণ্ঠনুং গুরাসি দাসকা ৩মা ময়াং লাইবার য়াওনা ময়াংলম্দা কুনলিডৈদা থোকলকএ। ৯নিদা নিংথেমনে মহারাণীনে কোম্বাদা কুমএ। ১৪নি য়ুমশকৈশদা লৈবাক পুমক লৈচিল্লা নোং ওইনা খুমএ। ১৬নি ঈরাইদা তোলেনতোম্বগী য়ুমদা মৈ হৌএ। ২৫নি লংমাইচিংদা শিজ অত্তোনগী লুবু পুর্ণনখিবা ঠাকুর তুলসীদাসগা ময়াং লাইবারগা থোকলকএ। তম্না কম বাঃনলে। ইঙেন থাদি থাওজনা হনএ। অহু হুমিত্তা লৈমপোকপম গোবর্দ্ধনবু শুগ্‌দা থাইএ। ৭নি ঈরাইদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১২নি য়ুমশকৈশদা ক্ষেত্রি লিকলাই থুংলৈএ। অবা লৈমা মনাই নুপী অমগা লাইবারগা ২মা লোয়ননা লাকএ। ক্ষেত্রি লিকলাইদি থামলোরে। থবান থা নিংথৌকাবনা হনএ। ৬নি থাওজদা কংলাগী তরেং লৈকাই নাহানা ওকলুবা থুংলৈএ। ৭নি লংমাইচিংদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। অহু হুমিত্তা কংলাগী উ য়ানবা শানলে। তাইবংথাইবগী থাংপোক কুমএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা মৃতুম মোইরাম্বগী লু পুরকপবু শামুনা ওকপিয়ে। ২০নি থাওজদা লাইগী কংলাসুং নিংথেমগী কংলাসুং ২মা পরিং হুনমায়াএ। অহু হুমিত্তা মোইফেংবম খম্বা লাইশ্রম পালোই ২মানা লোই থাএ। লাংবন থা য়ুমশকৈশনা হনএ। মেরা থা শগোলসেন্না হনএ। হিয়াঙ্গৈ থা থাওজনা হনএ। পোয়েন্থু থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ৱাকচিং থাদি লৈপাক-পোকপনা হনএ। কাইরেন থাদি ঈরাইনা হনএ। লমদা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। থাংজবা লাংমৈবু ময়াংদগী ইপি হিদাকশুংবী ময়াং লৈমা মমাবু কৌবা চৎলে। থুংলেম পাঙনগী কুম শক১৬৭০ শজিবু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। নিংথেম ময়াংঙম্বনা[২] চরোই নাবা চৎএ। তুবুল ঈরোংদা তেজোল শাইএ।

---

১ তোলেন তোম্বা—শত্রুর শাই।

২ নিংথেম ময়াংঙম্বা—গম্ভিরসিংহ মহারাজ।

তুবুল লানবা ভমত্রবদা মৈয়েংবা শেকমুনা তুবুল লালএ। মনা কংএ। চরোই ভমএ। তাম্না অমা কাহ্নুনা মহারাণীদা থোনলকএ। তাম্না মশক তম্না লৈপাক পুম্না ফুরিৎ শীংনাএ। ইপি হিদাক শুংবীমুং থোকললকএ। তুবুল ভেংগোন্দা নিংথেমগা উনৈএ। শাংথোংমুং নারমএ। নিংথেম তম্না শংলকএ। ১রক ইংোক নাইএ। শেকমুনা লান ২ কায়এ। ফুংগোইবীদা লানমিং চলএ। মনাদি কনাদা তেনকাপ অমা পীএ। কালেন থা নিংথৌকাবনা হনলে। ১০নি য়ুমশকৈশদা মহারাজ গরিবরাজনা মচা ইবুংঙো চিংশাইদা কম্বান পীএ।

## ৫১ মৈদিংঙু চিংশাই

নপা ইবুংঙোদি মহারাণী, মোইবাং থরাগা বামশালাদা লৈএ। গৌড়িয়া চংপা থৈ'বিক রা.বাংএ। নপা ইবুংঙোদি কম্বালদা[1] চহী ৪০ নে। ইংঙা থা লৈপাক-পে'কপনা হনএ। মোইরাং কম্বাম্না[2] বাম নগরদা নিংথেম শজায় শাই। ইঙেন থা শগোলসেম্না হনএ। থবান থা থাঙজনা হনএ। লাংবন থা লংমাইচিংনা হনএ। মেরা থা লৈপাকপোকপনা হনএ। হিয়াঙ্গৈ থা য়ুমশকৈশনা হনএ। পোয়ন্ত্র থা ঈবাইনা হনএ। বাকচিং থা থাঙজনা হনএ। কাইরেন থা নিংথৌকাবনা হনএ। লমতা থা লৈপাবপোকনা হনএ। মোইফেংবম মাইতেক্কী কুমদি শক ১৬৭১ শক্তিবু থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা গরিবনবাজ মহারাজনা বাননগবদা লৈএ। কালেন থা ঈরাইনা হনএ। ইংঙা থা লংমাই-চিংনা হনএ। ইঙেন থা লংমাইচিংনা হনএ। থৌরান থা য়ুমশকৈশনা হনএ। লাংবন থা শগোলসেম্না হনএ। মেরা থা থাঙজনা হনএ। হিয়াঙ্গৈ থা নিংথৌ-কাবনা হনএ। মহারাজনা বাম নগবদগী মনাও ইবুংঙো বাংথৈরাকপা মচা শিজ অবা লৈমা থিনবা চংলে। মচা ইবুংঙো শ্যামশাইদি অরাদা লৈরৌএ। মহারাজদি মেতু য়োনা হনথোকললবদা অরানা কোই নাবিও হায়দুনা নেকলৈএ। কোই নায়এ। কোই ভমলকএ। লান য়ামনা কায়এ। বামোন কংগারাম শৌক্রাকপম অকোং ২মা নিংথেম মমাংদা কোইগা য়াম্নদুনা শিরৌএ। লানম্ভ য়ামনা কাবকএ। নিংথেমনা লান ভমলকুনা বংলাদা থুংলৈএ। পোয়ন্ত্র থা য়ুমশকৈশনা হনএ। বাকচিং থা ঈরাইনা হনএ। কাইরেন থা থাঙজনা হনএ।

---

১ কম্বালদা চহী ৪০ নে—চহী ৪০ নিংথৌ ওইদুনা পাজমএ।

২ মোইরাং কম্বাম্না—মোইবাং লালহাবনা।

লমতা থা লংমাইচিংনা হনএ। নোংথোম্বম শানোংগী কুম শক ১৬৭২ শজিবু থা ঈরাইনা হনএ। কালেন থা লংমাইজিংনা হনএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা বামনগরদগী অঙোম য়ুমকমদা লৈএ। ইংগা থা লৈপাকপোকপনা হনএ। ইঙেন থা য়ুমশকৈশনা হনএ। থৌরান থা ঈরাইনা হনএ। লাংবন থা লংমাইচিংনা হনএ। মেরা থা নিংথৌকাবমা হনএ। হিয়াঙ্গৈ থা থাঙজনা হনএ। ২৯নি ঈরাইদা থাজদা কা য়েংবা চংলে। নিংথেম চিংশাই মহারাজনা মপা ইবুংঙোবু ভন্না ভাঘোকএ। অবাদা চঙখিএ। শামুরোদা লাইরিকয়েংবা ঊমানন্দ হাংলে"। সমলোইবা কৈরংবা মোংবিজাম্বা বাংথৈ হিদং মোইরাং নিংথৌ তেনজবা মখোয় ওদি নিংথৌনাইদগী চেল্লবএ। ভন্না লোই খাইএ। পোয়ন্থু থা লংমাইচিংনা হনএ। বাকচিং থা লৈপাকপোকপনা হনএ। কাইরেন থা শগোলসেন্না হনএ। লমতা থা থাঙজনা হনএ। লুক্রাম তেনবগী কুম শক ১৬৭৩ শজিবু থা নিংথৌকাবনা হনএ। কালেন থা লৈপাকপোকপনা হনএ। ইংগা থা ঈরাইনা হনএ। ইঙেন থা শগোলসেন্না হনএ। থৌরান থা লংমাইচিংনা হনএ। লাংবন থা লৈপাকপোকপনা হনএ। মেরা থা শগোলসেন্না হনএ। হিয়াঙ্গৈ থা লৈপাক-পোকপনা হনএ। হিয়াঙ্গৈ থাদা অবাদগী হল্লকএ হায়বা ভাতুনা নাহাকপন থরোই কৈক্রনবা হিদং য়ুমনা হোংবা ইরোম লানচিংবা মখোয় ৪ বু শীখিহুনা নিংথেবু লাকহল্লএ। পোয়ন্থু থা লংমাইজিংনা হনএ। ২৬নি য়ুমশকৈশদা গরিব-নবাজ মহারাজনচিংনা মচা ইবুংঙোহন শ্যামশাই, কিশোর শাই, বামোন বাবিব। হুজবা মপা মচা ২মা ব্রজরাম কৃষ্ণ ২ লপোইবা জোকদাস মোইরাংললহাম্বা কম্বান, মনাও কৈদা হুজবা মনাও শেজুংবা অঙোম চন্দ্রমনি, নাওরোইবা শেজুংবা, নিংথৌখোংজম কামদেব, নিংঙোম্বম শ্যামরাম বাংথৈ মাইমু কৈদা হুজনা তখেল লমু লাইরেন তুম্বা অসি থৈবিক পুম্না লোয়ননা তোনকাং হিথাংথেন ব্রহ্মপুত্র মপান্দা লিলা ওইএ[1]। ভন্না য়ুহারাইএ।

বাকচিং থা লৈপাকপোকপনা হনএ। কাইরেন থা য়ুমশকৈশনা হললে। লমতা থা ঈরাইনা হললে।

## ৫২

## চৈথারোল কুম্বাবা — ভৈরিংগুং ভরত শাই

চান্দম চিংশোংকী কুম শক ১৬৭৪ শজিবু থা থাঙজনা হনএ। থানিনদোং

১ লিলা ওইএ—লোম্বাএ।

থাঙজদা শজোইবা ভরত শাইনা নিংথৌ ওইএ। লৈপাকপুম্না মায়হনা নিংথেম মেনখোম্বা[১], মচা দেবশাই, মনাও সেনাপতি ওয়াবু ময়াংলম তানখোকএ। ইবুংশি গজা বিষ্ণুসুং পোংলমদা তানথোকএ। কালেন থা থাঙজনা হনএ। ৫নি য়ুমশকৈশদা ইবুংশি আনন্তশাইনা তোয়বাং হিদেন্দা মপা ইবুংঙো ময়াংগুম্বগী[২] লু লৌবা চৎলে নাম সংকীর্ত্তন শক্তনা শ্রাদ্ধ তৌবমএ। ২২নি থাঙজদা থুংলৈএ। ইংঙা থা নিংথৌকাবনা হনএ। ইঙেন থা লৈপাকপোকপনা হনএ। থৌরান থা ঈরাইনা হনএ। মেরা থা থাঙজনা হনএ। হিয়াঙৈ থা লংমাইচিংনা হনএ। পোয়নু থা লৈপাকপোকপনা হনএ। ৱাকচিং থা লৈপাকপোকনা হনএ। ফাইরেন থা ঈরাইনা হনএ। লমতা থা লংমাইচিংনা হনএ। কোনোক কোংয়াম্বগী কুম শক ১৬৭৫ শজিবু থা নিংথৌকাবনা হনএ। কালেন থা য়ুমশকৈশনা হনএ। ইংঙা থা শগোলসেন্না হনএ। ইঙেন থা থাঙজনা হনএ। থৌরান থা লংমাইচিংনা হনএ। লাংবন থা লৈপাকপোকপনা হনএ। মেরা থা য়ুমশকৈশনা হনএ।

৫৩

## মৈদিংঙু মরাম্বা ( গৌরশ্যাম )

হিয়াঙৈ থা শগোলসেন্না হনএ। ২০নি নিংথৌকাবদা মৈতেংঙু মরাম্বনা[৩] কম্বাল কায়এ। নিংথেম শজোই[৪]তাবদি অরায়ম তানথোকএ। খুমনথেম্বা পুরনবা লুরাং ওইনা শেবম ২মা হাৎনৈএ। ইবুংঙো তোলেন তোম্বা ওক্তোংদা থাইএ। পোয়নু থা থাঙজনা হনএ। ৱাকচিং থা লংমাইচিংনা হনএ। ফাইরেন থা নিংথৌকাবনা হনএ। লমদা থা য়ুমশকৈশনা হনএ। থৌনাওজম মরাম্বগী কুম শক ১৬৭৬ শজিবু থা শগোলসেন্না হনএ। থাংশবা নোংথোনবা চেকশা[৫] মচা গোবিন্দসিং ২মা হাৎনৈএ। লাংশংবম আকোংগী কুম শক১৬৭৭ ইবুংঙো শিজা তোনলেন[৬] তোম্বা ওকতোংদগী নিংথৌ ওইগে লাকপবু

১ নিংথেম মেনখোম্বা—মহারাজ চিৎশাই।
২ ময়াং গুম্বা—গরিবনরাজ মহারাজ।
৩ মৈতেংঙু মরাম্বা—গৌরশ্যাম মহারাজ।
৪ নিংথেম শজোইতাবা—মহারাজ ভরতশাই।
৫ থাংশবা নোংথোনবা চেকশা—থাঙজবা চেকশা চক্রপানি।
৬ ইবুংঙো শিজ তোনলেন তোম্বা—গরিবনরাজ মহারাজকী মচা ইবুংঙোনি, গোমতী মহারাণীনা পোকপা শক্রঘ্নশাই। মাগী মাবাবু উরুংপুরেন মরুম হাবন' থএনৈ।

পানথোইবী ওমাই (ওমাং) মমাঙতাকি য়াংকোকতা মাইচৌনা কায়এ। কাংপোকপীদা হাৎনৈএ। কাত্রং চীনবুন লাকনা হাৎলে। যুমথাইবা অভিরাম, লাইকংবম রামচরণ খুত্রাকপা মোইরাম্বা, খাংজম মুরারী, তম্পাকনাই রামচরণ, ইরোম পাংওন, মোইরাংথেম খোগিন্দ্র মীরুপ অসি খৈপিকপূ হাৎনৈএ। ক্যাংখোং মেরাগী কুমদি শক ১৬৭৮ ময়াং লৈমনাইবু রাংজিংদা হোংএ। কাইবেন থা ২০নি ঈরাইদা চীংথংখোম্বগী মচা ইবুংঙো নবানন্দ পোকএ। চবুংবম রাকচিংগী কুম শক ১৬৭৯ শক্তিফু থাদা শিজ ময়াং লৈমা মচা নিংথৌগা থোকলকএ। ইবুংঙো শিজ আনন্তশাই সেনাপতিনা লাংথোংদগী ওকলুইএ। ইবুংঙোশিজ ভাগ্যচন্দ্র যুবরাজনচিংনা মানশৈ নায়এ। লান য়ামনা কায়এ। মাইবম সাত্রাম শিরোএ। কোম্নুংদগী ইপীশিং (য়োইবু য়োইহৈ) অয়াম্ববু অঙম অথৌদা পীনৈএ। রায়েনবমচা খেলেম্ববু[1] মোইবাং নিংথৌ ওইহনলে। থিংকুজন অমুগী কুম শক ১৬৮০ হিয়াঙ্গৈ থাদা ইবুংশিজ ভাগ্যচন্দ্র যুবরাজনা শাইখোম থাবম লাকপগা সনসোকলোমদা ইবুংশিজ আনন্তশাই সেনাপতিনা মোংবিজাম্বা[2] নাহারুপ লাকপগা তুমুলম লাললম ২মা অরা নাবা চৎলে। অরানা তকথোকলবএ। ককচিং তাম্না হম্বোবলবএ। হিয়াঙ্গৈ থা ২৮নি ঈরাইদা মৈদিংঙু মরাম্বনা হরো নাবা শানএ। ২৯নি থাঙজদা হুমিংপু শানা যংএ। পুননা য়োৎএ। পোয়ন্থ থা হুমনি লৈপাকপোকপদা কবচিংগী ভেঙ্গোন কাথনৈএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা লৈশাংখোংদা মনাও ইবুংঙো যুবরাজনা শোরুম্বু ওমদহুনা লৈপাক তাকএ[3]। ওরানা হুমিং ৯নি লৈবনএ। অতুগা হ'ও নাইদগী কুমলক্তুনা মৈতৈ লৈপাক থুনলিংএ।

৫৪

## মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা

থাময়ন চিনদ্রমগী কুম শক ১৬৮১ শক্তিফু থা ৭নি পানবা শগোলসেন্দা থৌরানমিচাক পুষ্যানা পানবদা মৈতেংঙু চীংথংখোম্বনা আথাম চন্দ্র মহারাণীগা কম্বান কায়এ। নিংথেম মরাম্বা কম্বান কুমএ। লোইতোংবম

---

১ রায়েনবমচা খেলেম্বা—খৈলম্বংনাং তেনহৈবা।
২ মোংবিজাম্বা—মোথাম্বা।
৩ লৈপাক তাকপা—লৈপাক কায়বা, নিংথৌ পান্দবা।

উতিংনা[1] সমসোক্তা তেংগোন শাহ্নুনা লৈবরু শাইখোম মনোহর খাবম লাকপা আথামচা মাধবরাম শিক্ষমপাগা ২না চত্নুনা সমসোক তেংগোন চাইথাইএ। ষণ ইরোই লোকলবএ। লান্দি ফাংক্তে হাযত্নুনা মহারাজনা মরাও নাবা চংএ। কংলা কাবনা লান য়ামনা থানৈএ। অরানা মৈতৈশিং ফুরা শাঙরবু থুগায়রমএ। নিংথেমত্রুং লান হাম্না থুংলৈএ। মবেন শিক্ষ মহারাণী শিএ। মালৈবা লখোনগী কুম শক ১৬৮২ শজিবু থাগী মথৈ লোংবাংগে। তাওলমএ। হিয়াঙৈ থা ১২নি শগোলসেন্দা মহারাজ জয়সিংহগা ভাগবতি ঠাকুরগা করো খুনপোংমরুমচা মণিরাম সিংহ চিদানন্দগা ( সিপাহুগা ) নপু মনাই ৩ মানা তায়রত্নুনা মৈতৈ কংলৈপাক্কী শক অমা লিংখত্নুনা পাঞ্জি থোকএ। শক মহাক্তি ৯৭১নে। শক অসি থোকপদা যাওদি তাইহংজম শ্রীদাম, চিরেংচা শ্যামরাম, খইনামচা আনন্দরাম, যেংলেম্বা গঙ্গারাম, অচোইবা সাহুম ৫ মশুং যাওহল্লে। থা ৫ তুনা লাইরিক শেম্বা লোইবদা মহারাজনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পিরিক্তা শামু অমনচিংনা সনা লুপা লান দক্ষিণা তৌএ। শেন তাংথা হল্লে[2]। সিত নন্দদা নাই ফুঙ্গা পানবা ১৫ পীয়ে। করো মুন্সিরাম পণ্ডিতবম চাহল্লে। মা যিলোই লুপা বাইশেন থাড চুং পেবে অসি থৈপিক পিতুনা চন্দ্রসিদ্ধান্ত[3] ওইহান্না। মগী শাগৈরু থৌ নাহল্লে। পাঞ্জিগী লৈপাক্কী লোশাল চাহল্লে। থৌরা পুন্নমক নাহল্লে ( পুহল্লে )। রাকচিং থাদা চিংডাখনবা তাংখোম্বা হিনাউহনবনা মযাং নিংথৌনাই থানো হৈপোক হিংলে এ। নাংথেম্বম চিংগী কুম শক ১৬৮৩ দা ওথেম্মা শামু অমা পীরক্এ ইরুংশিঙ থুনাইবাবপা তানক্তুশাইনা মৈইবাংদগী বেরুইএ। লম্বোইবা হরিদাসনা তেলঙ্গা লোযনববএ। আথাম মাধবরাম, উশাবা কৈদাহক্কবগা ১মারু করোবম থোড ডাকও হায়ত্নুনা ককচিং মহাক্তা লৈহল্লে। হাওবম খেলারামবু হৈপোক্তা লৈহল্লে। ব্রহ্মচারিন তাংখম্দা মনাইনা হাংলে হায়ত্নুনা কুম অত্নুদা মৈতেংঙু চীংথংখোম্বা যম্বান কুমএ[4]।

১ লোইতোংনম উতিং—লাইবিক অমদা উতিং হাযদত্নুনা উনিং হায়না ই।

২ শেন তাংথা হল্লে—শেন চাইএ।

৩ চন্দ্রসিদ্ধান্ত—পাঞ্জি লোযশঙগী মকোক, পাঞ্জি শঙলাকপা।

৪ কম্বাম কুমএ—নিংথৌ ওইবা তোকএ।

৫৫

## মৈদিংঙু মরাম্বা

মৈদিংঙু মরাম্বনা[1] অমরক নিংথৌ ওইএ। ভারংযানবা পনদ্রিংগী কুমদি শক ১৬৮৪ থাইরেন থাদা ইবুংঙো চীংথংখোম্বা যুবরাজনা লম্বোইবা হরিদাস তেলঙ্গাম্বুং লোযননা সোকপাও নাযএ। সোকপাও ঙমএ। লান কাযএ। নোংশিং হাকনা শিংএ। যুম কৈ উ বা য়ামনা তেকএ। শক্লাম পল্লিংগী কুম শক ১৬৮৫ হিযাং হিল্লাম থোকএ। ইবুংশিজ খাইবাকপা আনন্দশাইনা জগনাথ দাসকা লোযননা ফিরিঙ্গিদা চঙখিএ। থা ৯দা থুংলৈএ। থরান থা ২৯নি লৈপাকপোকপদা মৈতেংঙু মরাম্বা নোঙ্গাইএ। কম্বাম্দা চহী তরেৎনে।

৫৬

## মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা

মনাও ইবুংঙো মৈতেংঙু চীংথংখাম্বনা নিংথৌ ওইএ। লাইশ্রম কংগা রামগী কুমদি শক ১৬৮৬ বাকচীং থাদা ইবুংঙো শিজ হরিচরণ[2] সেনাপতিনা অবা নাবা চংএ। তুমু কৈথেল্দা অবাগা শোরবব ঙমদুনা চেপ্রকএ। নাহাকপ হাজারি ক্ষেত্রি চৈতন্যগা ২মা শিরোএ। থাইবেন ২৮নি ঈরাইদা মঙ্গাবাকনা অবা নাবা চংলে। ককচিংদা ভেংগোল শংইএ। চঙনা পন শাত্নুনা অগাগা য়ামনা কম্না শোকনৈএ। ঙমদনুনা চেল্লকএ। বাঝি হরিদাস, বনলকচান, নাকনবা হাজারী ৩মা লানকমদা য়াম্লদুনা লৈরোএ[3]। লৈপাক তাকএ। নিংথেমদি মযাংলম চেন্দুনা তেথাও লৈপাক যৌখিএ। লৈপাক অযাম্বা মোইশাংদা লৈএ। বামোন শীতম্বরগী কুমদি শক ১৬৮৭ মহারানী আখাবু নিংথেম ভাম্না ময়াং চঙনলে। মহারানীনু মচাইবুংঙো হেমচন্দ্র যুবরাজনুং ময়াংদা লিলা ৎইএ। ইবুংশিজ দুর্লভশাইনচিংনা[4] লেত্রাকপম হাজারি চিংখনবা হিনাউহনবা শচলেন শ্রীরাম মথোয় ৪মা মোইবাং নিংথৌনা হাৎলে। বামোন জযকৃষ্ণগী কুমদি শক ১৬৮৮ মোইরাং চন্দ্রমণিনচিংনা কাংরেন ওম্বা পজাউ থোনএ। তোর্বরুংদা

---

১ মৈদিংঙু মরাম্বা—গৌরশ্যাম মহারাজ।

২ হরিচরণ—গম্ভিরসিংহ মহারাজনা চিঙাথম চৎপা হরিচরণ পোকই।

৩ লৈরোএ—লৈহোএ।

৪ দুর্লভশাই—গম্ভিরসিংহ মহারাজনা চিঙাথম চহু পাম্নুনা পোকপা মচাইবুংঙো।

কিয়ানগৈগী খুন লিংহনলে। মী য়ামনা শিএ। মোইবাং নিংথৌনা শাচুং নাহ্না শাচুং শুমএ। ইবুংশিজ ভৌরাম[1] ময়াংদগী খোরকএ। মহাবাণী হাওম চম্বু শিএ। চন্দ্রমণিবু ময়াম্বা মোইবাং নিংথৌনা হাংলে। তেখাওদগী বামোন জয়দেববু মৈতেংঙু চীংথংখোম্বনা লাইবাগ ওইনা শীবকএ। মোইরাংদা থুংলৈএ। বামোন হবিনন্দগী কুমদি শক ১৬৮৯ মোইবাং নিংথৌ অদোদা চঙখিএ। মৈদিংঙু চীংথংখোম্বদি তেখাওদগী লাম্মী ৮০,০০০ লোয়ননা লাকএ হায়বা তাহ্না নিংথৌগী পোৎলোই থৈবিক য়াওনা মতোন ইবুংঙো সেনাপতিস্থুং ইবুংশিজ খুবাইবাকপা মনাও ইবুংঙো ভবানন্দ, মোইরাং মসেম্বা অসিনচিংনা লৈপাক আয়াম্বা মোইবাংদগী সডাইথেন ভাম্না ভুকএ। লালুংপদা শলাম খুডমনা মোইবাং মশেম্ববু হাংলে। তৈস্নাম খুযোনলাকপা নিংথৌজাম্বা থাম্বীলাকপা খেমা শেলুংবা মপা মচা ২মা ৪মাস্থু হাংলে। লমদা থা অহন নোং থাওজদা মোইবাং পাত্তা লাচোন হাংনৈএ। মোইবাং তাবএ। হিসাবা নিতানন্দ সাইবোন কংগাবাম ২মাস্থুং হাংনৈএ। মৈতৈ লৈপাক পুম্নমা মোইবাংদগী খুনগাবকএ। ৬নি শগোলসেন্দা মহারাজ চীংথংখোম্বা সডাইথেন্দা থুংলৈএ। লাইশ্রম পানলোইগী কুম শক ১৬৯০। সডাইথেন্দগী মহারাজনা শক্তিফোই থাদা শডাইপ্রৌদা লৈএ। মোইবাং নিংথৌ হবাদগী লাকপবু মৈতৈ লাম্মীনা থাবি লৌবুক্তা হাংলুইএ। অরোনা শামু অমা শীবকএ। মৈতিংঙু মবাম্বগী মচা শীজ কোংদলোকপী তেখাওলৈমবু[2] ইবুংশিজ খুবাইবাকপা মচা বীরমণিনচিংমা হাওবম বিষ্ণুরাম, লেম্বতোংবা বৈকুংবা অহুমময়চিংনা লৈমাংঙিনচিনবা চংলে। লংমাইথেম থিযোংগী কুম শক ১৬৯১। ইবুংশিজ বীরমণি তেখাও লৈমা খিল্লবা থুংলৈএ। তেখাও নিংথৌনা শামু ৬ শীরকএ। মহারাজম্বু চজিংদা হোংএ। অরম্দগী শিনাইনা ঘনশ্যাম মোইরেংজম খগিন্দ্র ২মানা অবা লোয়নরক্নুনা লৈপাক তাবএ। মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা ময়াংদা চেল্লে। থুমিং ২০নিনে। কৈবিরামনা ময়াংনিংথৌনাইদা লৈপাক শাকএ। লালাম খুডম মৈতান কৈশংবা মুকুন্দ মোংখোনবা সদানন্দ ওমা হাংনৈএ। ইবুংশিজ ভবানন্দ অরোদা শীখিএ। মকেং থাংলাপুগী কুমদি শক ১৬৯২ অসিদা ইবুংশিজ নন্দনা অয়া য়াওনা লাক্লুনা কৈবিরামবু তুসারোকতা হাংনৈএ। মনাও ইবুংঙো কুকিলাবু[3] লৈপাক শাকহল্লমহ্না মহাক্তি অরোদা চঙখিএ।

১ ভৌরাম – গরিবনবাজ মহাজনা মাইবম চম্ব লৌহ্না পোকপা মজাইবুংঙো।

২ শীজ কোংদলোকপী তেখাও লৈমা—আলামগী মহাবাণী কুরঙ্গনয়নী।

৩ কুকিলা—কুবিলানন্দ, মৈদিংঙু চরাইরোংবনা থাংজম চম্ব ৎরাংচৌগী পাম্হনা পোকপা

নিংথি মপান্দগী হন্নকু্না অবানা মৈতৈ খোমগে লাকপবু মৈতৈনা লান ৭০০ হাৎএ। মাইস্নাম পুরেংগী কুমদি শক ১৬৯৩ অসিদা পানা ৫মা নোংমৈ কামরন[1] ৫ হৈএ। লাংখোং হাও কবুই অনৌবা খুন ২মুং নায়এ। নোংখোনবা মুবা থুমখোইবগী কুমদি শক ১৬৯৪ শজিফু থানিন নোং ঈবাইদা থা শানা ফংএ। মৈতাল কৈশংবম অভিরাম, সোইবম সামরাম ২মানচিংনা নিংথেমু লাকফরোই হায়দুনা সঙাইথেন্দা ঙাকএ। মবিংঙাবু লাইপাগ্রাম লোইজানা হাৎএ। ২৪নি লংমাঈজিংদা নিংথেমচুং সঙাইথেন্দা থুংলৈএ। ২৫নি নিংথৌকাব্দা বাংমা কৈরোইদা থুংলৈএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা সংলাংমৈদা থুংলাএ। ২৮নি শগোলসেন্দা মযাংদগী মহাবাণীবু কৌথোকপা এলাংবা হাজাবি চংলে। শজিবু থাশি থাঙজদা মহাবলীদা ইবুংঙো কোবিলানন্দনা মহারাজবু খুকমলাএ। থা অহল লংমাইচিংদা সলা সেলুংবা হরিনারানবু লোই থাইএ। নিনি নিংথৌকাবদা কবো ফুরিং শাবনা তাংখমদগী শওম ১ ফাযএ। মী ১ শোকএ। শিএ। ৯নি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৪নি থাঙজদা কবো নবহবি অৱাংম চঙথিএ। ২০নি থাঙজদা মহারাণী থুংলৈএ। ইংঙা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১০নি যুমশকৈশদা নবহরি থুংলৈএ। ১২নি ঈবাইদা ইঙাগী স ক্রান্তি ওই। ইঙেন থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৩নি ঈবাইদা তখেন লাইনার থুংলৈএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থরান থাদি ঈরাইনা হনএ। ১৬নি ঈরাইদা থরান থাগী সংক্রান্তি ওই। লাংবন থা থাঙজনা হনএ। ৬নি নিংথৌকাবদা হৈখাগোক মখোঙদা নিংথেমগী শজায শাইএ। ১৬নি থাঙজদা যুমনাবা বামচবণ মযাংদা চঙথিএ। মেরা থা নিংথৌকাবনা ২নি পানলে।

---

মচা ইবুংঙো মুম্বাদা খুবাখরাকপা মনশাই অভোম্বনা য়াইখোম চম্বনে, উশম চম্বনে, তাউরেম চম্বনে অহনা পায়রুনা য়াইখোম চম্বনা কৃষ্ণ শাই খুইরাবপা পোবই, উশম চম্বনা নন্দশাই সেনাপতি পোকই, তাউরেম চম্বনা কৃবিলানন্দ পোবই। কৃবিলানন্দ ইমেংবনা হাওরেম চম্ব গৌরমকুরীনে, ঙাংবম চম্বনে, লাইরিকয়েংবম চম্বনে, ওইনাম চম্ব হুরনবীনে, হাওবম চম্ব হেমবতীনে অংকোইজম চম্বনে ৭মা পায়রুনা তাউরেম চম্বনা ইবুংঙো তুলসিং পোকএ, শোইনাইদে। ঙাংবম চম্বনা ইবুংঙো নরসিংহ হাওমচা শঙলাকপা পোকএ, শোইনাইদে, ওইনাম চম্বনা লোকনাথ পোকএ। হাওবম চম্বনা দিননাথ ( দিনচথ ) পোকএ, লৌরিয়াম চম্বনা ইবুংঙো অভোজাওবগা ইবুংঙো ধর্মসিংগা ২মা পোকএ। ইবুংঙো তোজাওবদি শোইনাইদে।

[1] কামরন—নোংমৈ।

১৫নিদা চন্দ্রগ্রহণ তৌএ। ১৮নি য়ুমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থা লৈপাকপোকপনা হুনএ। ১৮নি ঈরাইদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওই। পোয়নু থা য়ুমশকৈশনা হুনএ। ১৮নি লংমাইচিংদা পোয়নুগী সংক্রান্তি ওই। রাকচিং থা ঈরাইনা হুনএ। ৩নি লংমাইচিংদা সম্বিবা গোপাল সেনাপতি অৱানাবা শানএ। অচু মুমিংতা পুন্ত্রিদা কামান[১] কাপএ। ১৩নি য়ুমশকৈশদা মহারাণী খোংজাউদা থৈএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা রাকচিং থাগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা অৱা নাবা যাত্রা তৌএ। ফাইবেন থা থাঙজনা হুনএ। ২নি লংমাইচিংদা লৈপাক কায়এ। মহারাজ ময়াংলম চেল্লে। অৱানা থা ৫ খুন ফমএ। কামবন ৫মা তুমু লোক পনচাউদা হনচেৎলমএ। ইবুংঙো ভগবন্ত সিংহনা লৈপাক ভাকএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা ফাইবেনগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থা নিংথৌকাবনা হুনলে। ১৮নি শগোলসেন্দা লমতাগী সংক্রান্তি ওই। থাশি নোং লৈপাকপোকপদা মুমিংপু শানা ফংএ। শজিবু থা য়ুমশকৈশনা হুনএ। লাইরিকয়েংবা মক্রাগী কুমদি শব ১২২৫। ২০নি লংমাইচিংদা শজিবু থাগী সংক্রান্তি ওই। কালেন থা লংমাইচিংনা হুনএ। ইংডা থা নিংথৌকাবনা হুনএ। ইঙেন থা লৈপাকপোকপনা হুনএ। ১৬নি থাঙজদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থৱান থা শগোলসেন্না হুনলে। ১৮নি লৈপাকপোকপদা থৱানগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থা ঈরাইনা হুনএ। ৩নি লংমাইচিংদা চন্দ্রাক্রা চঙখিএ। ১২নি য়ুমশকৈশদা অথনবা শংবাম থাবম লাকপা, ইরোম পাসি, খোকচংউ হাজারি, দাসবাজ, লৌখাম্বা বৈরংবা তখোম জ্ঞামবাক্রু, শলাম অজুন, ভাংবম গোপীনাথ, থাইখেম লোখোন শংশাং খোঙ্গোল, শাংপম লাইবা, সাতোকপম লোখোন, শরাং গোপাল, কৈশাম হবি, তোংব্রম মুবাবি, লাইবেন চূড়ামণি, লোইতোংবম মুবাবি অসি থৈবিক চন্দ্রাগানা হাংএ। থানিন লংমাইচিংদা থা শানা ফংএ। মেরাথা লংমাইচিংনা হুনএ। ৭নি ঈরাইদা হুরাইবম প্রেমকান্ত লোই পাইএ। ২৮নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থা নিংথৌকাবনা হুনলে। ৮নি লংমাইচিংদা ময়াংদগী ইবুংশিজ যুবরাজ মন্ত্রি মপু মত্ত ২মা থুংলৈএ। ১১নি লংমাইচিংদা মহারাজ খোকলকএ। অঙোম য়ুমফমদা থুংলৈএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা পোয়নুগী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়নু থা লৈপাকপোকপনা হুনএ। ৫নি থাঙজদা রাকোংথেম্বা মুবাবি অৱাদা চঙহল্লে। ২০নি নিংথৌকাবদা থাইখিবা লাংভাচরণ পোলেম মুয়ি ২মা হাংলৈএ। রাকচিং থাদি

[১] কামান—লোংমৈ।

শগোলসেন্না হনলে। ৩নি ঊরাইদা ইবুংশিজ মন্ত্রিবু শাগে অয়াম্বা পুন্না নয়াং চঙহল্লে। ৫নি নিংথৌকাববা থাদা থবানমিচাক চঙএ। ৭নি যুমশকৈশদা ইবুংশিজ যুবরাজ ওথেললম চঙএ। ১০নি থাঙজদা মহারাজ তৌবুল লমদা কবুই হাও তাইবা কুমএ। ১১নি লংমাইচিংদা নিংথেম থুংলৈএ। ১২নি নিংথৌকাবদা নিংথেমনা বাইচৈদা লুপা হাও তাইবা কুমএ। ফাইরেন থা ঊরাইনা হনলে। ৯নি লংমাই-চিংদা বাকোংথেম্বা মুরারি অরাদগী থুংলৈএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা মহাবাজনা ওথেললম চংকদবগী মোইবাংলন কুমএ। নোংমা লৈপাকপোকপদা যুহাবাইএ। লমদা থা লংমাইচিংনা হনএ। চিংথবা হোংবগী কুমদি শক ১৬৯৬। শজিবু থা নিংথৌকাবনা হনএ। অদু মুমিংতা চন্দ্রাইগ্য হাওবম যুমকমদা থুংলৈএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা শনশেনথোং শাইএ। নকুনমুং লৌথোকএ। যুহাবাইএ। কালেন থা যুমশকৈশনা হনলে। ৯নি ঊরাইদা যুহাবাইএ। ১১নি লংমাইচিংদা বাংথৈনা[1] লৈপাক ঙাকএ। ইংঙা থা ঊরাইনা হনএ। ৫নি লংমাইচিংদা চন্দ্রাগ্য চঙখিএ। ইঙেন থা থাঙজমা হনএ। থবান থা নিংথৌকাবনা হনলে। লাংবন থা যুমশকৈশনা হল্লে। মেরা থা শগোলসেন্না হললে। হিয়াঙ্গৈ থা থাঙজনা হললে। পোয়ন্নু থা লংমাইচিংনা হললে। ২নি নিংথৌকাবদা লোক্তাক্তগী শামু ৩ কায়এ। বাকচিং থা লৈপাকপোকপনা নিনি পাল্লে। ১৮নি ঊরাইদা হৈস্নাদগী মুমদা নুপী অমা কৈনা চিক্কনা শিএ। ২০নি লংমাইচিংদা কৈ ৬ মু মোংবাহনবদা কায়এ। ফাইরেন থা যুমশকৈশনা হললে। লমদা থা শগোলসেন্না হললে। বাইরংবা আনন্দরামগী কুমদি শক ১৬৯৭ শজিবু থা লংমাইচিংনা হললে। ১৫নি নিংথৌকাবদা মৈতেংঙু চীংথংখোম্বনা ময়াংদগী চান্দম হিঙম্বা, মোংবিজম গংগারাম ২মা লাইবার শীরকপা থুংলৈএ। ২২নি লংমাইচিংদা চান্দম হিঙম মোংবিজম গংগারাম ২মা ময়াংদা চঙখিএ। ২৬নি শগোলসেন্দা ময়াং লাইবারস্থং থুংলৈএ। কালেন থা লৈপাকপোকপনা হললে। ১২নি থাঙজদা ঊশিং য়ামনা চাউএ।[2] যুম থায়না থুমদবা থৈবিক থুমই। কৌ চাহৈদা লাকএ। অকোইরুমগী তুরাম্বু কিম্থেএ। মী য়ামনা শিএ। যুম লোকতাক য়ৌনা তাউথৈএ। মী যুমথক্তা তোংবম্বু লৈএ। চাক য়ামনা লামএ। ঊশিংদি কক কোনবাঙম চেল্লে। কৌ শংবাই অমদা শেন ৩০০০০ শিংলে। ১৪নি পানবা নিংথৌকাবদা ময়াং লাইবার চঙখিএ। ২৭নি শগোলসেন্দা ইবুংঙো বাংথৈনা কৈথেল্দা থুম শেন য়েনবিএ।

---

১ বাংথৈনা লৈপাক ঙাকএ—বাংথৈ পুন্ননবা মতা ০খুলিং।

২ হাক্তক অসিগী ঊচাউ অসিবু মৈতৈনা বাংথৈ হাক্তকী ঊচাউ হায়না থম্লৈ।

মী ১দা শেল ১০০[১], থুম ১ থুংএ। ইংঙা থা মুমশকৈশনা হললে। ২নি ঈরাইদা বাহেংবমগী মুমলক্তা কৈ অমা কায়এ। ১৭নি ঈরাইদা শেন শাবা শ্যামনগর অরা চঙখি। ইঙেন থা ঈরাইনা হললে। থরান থা লংমাইচিংনা হললে। লাংবন থা নিংথৌকাবনা হনএ। ২১নি থাঙজদা থাংজম গোবিন্দরাম নোংথোম্বা গুপ্তদা থাইএ। মেরা থা মুমশকৈশনা হললে। ২৫নি ঈরাইদা রাংথৈ জগদানন্দ অরাদা চঙখিএ। হিয়াঙৈ থা ঈরাইনা হনএ। পোয়ন্তু থা থাঙজনা হলএ। রাকচিং থা নিংথৌকাবনা হললে। ১৫নি লংমাইচিংদা থা শাম্মা যংএ। অদু মুমিত্তা জগদানন্দ শ্যামনগর ২মা থুংলৈএ। ১৯নি শগোলসেনদা শ্যামনগর অরাদা ১রক চঙখিএ। ২৭নি ঈরাইদা তাবনাদা শা তালএ। শা ২ যায়এ। য'ইবেন থা লৈপাকপোকপনা হললে। অদু মুমিত্তা তাবনাদগী শা ১৩ শাযএ। ১৬নি মুমশকৈশদা তাবনাদা শা তালে। অদু মুমিত্তা ময়াংদগী মহারাজ থুংলৈএ। ১৮নি ঈরাইদা রাংথৈবু ময়াংদা চইহল্লে। ১৯নি থাঙজদা মহারাজনা লমলাংতোংদা[২] কুমএ। লমতা থা মুমশৈনা হনএ। অদু মুমিৎতা কাইনাদা খৈবোং যেংবা চৎলে। কাইনাদা পাঙনবু অরা জনা লোকশিংখিযে। চৈত্রাম খুমনগী বুনদি শক ১৬৯৮ শক্তিকু থা ঈরাইনা হনলে। ৮নি ঈরাইদা মহারাজনী ময়াংদগী লমলাংতোংদা থুংএ। কালেন ৭। থাঙজনা হনএ। ইংঙা থা নিংথৌকাবনা হললে। ২২নি লংমাইচিংদা ইবুংঙো শিঙ হুবরাজন রাংথৈ শানবদা লোকএ। ইঙেন থা লৈপাকপোকপনা হনএ। থরান থা ঈরাইনা হনএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনা লাংজিংদা যমকম য়েংবা চৎএ। লাংবন থা লংমাইচিংনা হনএ। মেরা থা লৈপাকপোকপনা হনএ। হিয়াংঙৈ থা শগোলসেম্মা হলএ। ১২নি ঈরাই মুমিৎকী অযুক মুৎক

---

১ শেল চামা—শেল মথাগ ৮। মহারাজা চিংথৌ পাম্হৈবা চাহবদি খৃঃ ১৮২১ এপ্রিল ২৭ তা বৃটিশনা মণিপুর লৌবগী মমাংদা লম ভাগিদা শেল মথাং চৎলম্মি। মতম অদুদা চৎনরবা শেল মথাংশিং অদু মথাগী অসুম পাই—

শেল মথায় ২না শেন অমা

শেল মথাং ৩ না শেন অমা মথাং

শেল মথাং ৪ না শেল মাখৈ।

শেল মথাং ৮ না শেল চামা।

শেল মথায় ৮০ না শেল লৈশিঙ অমা। অসিনচিংবা।

২ লমলাংতোং—লম্লাংদোং, বিষ্ণুপুর।

লাইবার থুংলৈএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা তথেন লাইবার কম কান্নএ। কালেন থা ঈবাইনা হলএ। ৭নি শগোলসেন্দা ইংঙাগী সংক্রান্তি থোএ। ২৮নি শগোলসেন্দা চানমশেকমুদগী ভাংলমহুনা চঙখিবা মৈতৈ ৮০ থোকলকএ। ইংঙা থা লংমাইচিংনা হনএ। ৯নি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হোএ। ইঙেন থা নিংথৌকাবনা হনএ। ১১নি শগোলসেন্দা থবান থাগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থা লৈপাকপোকপনা হনএ। ১২নি লংমাইচিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২১নি নিংথৌকাবদা ময়াং কৈনৌবা ইবুংশি যুবরাজ চৎনা কৈ কায়এ। লাংবন থা শগোলসেন্না হনএ। থা অহুম্দা মহাপ্রভু জগন্নাথ প্রভুগী য়াথং নাক্তুনা মুম্বিৎ ৭নি ভিক্ষা তৌএ। ১৭নি যুমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। অদু মুমিত্তা মৈনা হাঙানি তখেল লাইবাব থিনবা মোইবংলম চঙখিএ। মেরা থা থাঙজনা হনএ। ৮নি থাঙজদা ইবুংশি খাবা[১], রাংথৈ চন্দ ২মা ময়াং চঙখিএ। ১৩নি শগোলসেন্দা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি ওইএ। ২১নি শগোলসেন্দা [illegible] হিয়াঙৈ থা নিংথৌকাবনা হনএ। ১৭নি থাঙজদা পোয়াংগী সংক্রান্তি ওইএ। ২১নি থাঙজদা মৈনা হাঙানি থুংলৈএ। পোইন্তু থা অহুম লৈপাকপোকপদা মৈনা হাঙানি লেপ্তই থাইএ। ১৩নি লংমাই-চিংদা রাবচিং থাগী সংক্রান্তি ওইএ। রাবচিং থা লংমাইচিংনা হনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা ইবুংশি মন্ত্রি, [illegible] লাইকুং মারা চৎএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৫নি যুমশকৈশদা ইপি লাইরিক-য়েংবানা মচা [illegible] থবান পোকএ। ২০নি নিংথৌকাবদা ইবুংশি মন্ত্রিনা খাগী হাও নাব থুংলৈএ। ফাইরেন থা থাঙজনা হনএ। ১৩নি যুমশকৈশদা লমদা থাগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থা লংমাইচিংনা হনএ। ১৩নি শগোলসেন্দা অহুম লাইযন্ত্রী ভারতি থুংলৈএ। অরাবশা গোবিন্দগী কুমদি শক ১৭০০। ১৬নি লংমাইচিংদা [illegible] সংক্রান্তি ওইএ। ৫নি নিংথৌকাবদা নাহারূপ থাবনগী হিৎ থুংলৈএ। শডিকু থা লৈপাকপোকপনা হনএ। ১০নি যুমশ-কৈশদা [illegible] শন্দায় শাইএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন থা যুমশকৈশনা হনএ। অদু ৫ মিত্তা লৈপাক মমএ। উযুক্না লোং চুইএ। ৩নি ঈরাইদা আরাম্বা কৈকংবা তবোংদা লোই থাইএ। [illegible] অচুদানন্দসু ইহাবাইদা থাইএ। ৭নি নিংথৌকাবদা কামহীগী [illegible] হৈএ। অদু মুমিত্তা কবুই হাওবু কাংচৈ শামহল্লে। ১৫নি যুমশকৈশদা শজাইবেন শঙ্কায়এ।

১ ইবুংশি খাবা—ঠৌরামশাই সেনাপতিগী মজাইবুংচৌ তঙ্গসিং নোংচুপ লমংশাইবা।

১৭নি ঈরাইদা ইংগা থাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংগা থা শগোলসেন্না হুলএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা ইঙেন থাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২২নি শগোলসেন্না ইবুংশি যুবরাজনা শোইশেপ বমেংদগী ছৌনা মায়কৈ মরিম্না খোংনাং থাবা চংলে। ইঙেন থা ঈরাইনা হুলএ। ৭নি শগোলসেন্না মযাংদগী শাংগম মুরাবী থুংলৈএ। ৮নি ঈরাইদা ইবুংশিজ যুবরাজনা খোংনাং থাকবা খুংলৈএ। ১৪নি ঈবাইদা মোংবিক্রম চন্দ্র ভম্পাবকৈমনা মচাশিক্ত পোকএ। ২১নি ঈরাইদা থবান থাগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থা লংমাইচিংনা হুল্লে। ২০নি ঈবাইদা লানমীবু খোৎখনলেন ওইহল্লে। ২১নি থাঙজদা লৌকুনাবপা[১] নিমাই শগোলসেনবা ছিংনা ছিযাং য়ানবা চংলে। ২৩নি নিংথৌকাবদা লাংবন থাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৯নি থাঙজদা ছিয়াং ভ্রব হায়বা পান্তি তাইএ। লাংবন থা নিংথৌকাবনা হুলএ। ১০নি শগোলসেন্না ইবুংশি মন্ত্রিনা ছিয়াং চিংবা চংলে। ১৪নি নিংথৌকাবদা শাংগম বৃন্দাবনদা পুঙ্রনা শিএ। ১৫নি শগোলসেন্না মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থা যুমশকৈশনা হল্লে। ১৩নি নিংথৌকাবদা ইবুংশি মন্ত্রিনা ছিযাং চিংবা থুংলৈ। ২৪নি ঈবাইদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৪নি শগোলসেন্না লোকতোনবা কৈকংবা শিএ। ২৫নি লংমাইচিংদা পোয়ন্তুগী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়ন্তু থা থাঙজনা হুলএ। ১৬নি শগোলসেন্না ইবুংশি যুবরাজ পুথু মপু মশু ছিয়াং চিংবা শাল্লে। ১৭নি নিংথৌকাবদা থেংকুবা বংগাংহোন শেন্দুনা শিএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা লংমাইচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনা থাবা চিংজেংদা ছিযাং থেপা শান্দে। অদু মুমিগী হাওনা বামন মনাই শীংচনবা ২ হাংখিএ। ১৮নি শগোলসেন্না নিংথম ছিযাং হাপ্পা থুইএ। রাকচিং থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৭নি লংমাইচিংদা মহারাজনা লাংখবাম যুমথম য়েংবা চংলে। ২৪নি যুমশকৈশদা যাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২নি শগোল-সেন্দা ময়াং লাইবাক ভঙ্গুনও ৫ থুংলৈএ। ৪নি ঈ ইজদা নোইবেংবা কৈকংবা লাইপাক্রা শংথুবা হজবা ২না য়ায়গে ভোবন্ন মহারাজনা থামদুনা তোকএ। ২৪নি শগোলসেন্দা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থা ঈরাইনা হল্লে। মাইবম চক্রপানিগী কুমদি শক১৭০১। ২৬নি নিংথৌকাবদা শজিবু থাগী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থা থাঙজনা হুলএ। ৭নি ঈবাইদা লাইকাবী লোক্তা শনথৌ অমা কায়এ। ১০নি যুমশকৈশদা কাঞ্চিপুরদা ইবুংশি যুবরাজনা নিংথেমগী শজায়রেন শাইএ। অদু মুমিগী শাই সনামহী হোঙজে। বাইশেন থোং ভেঙ্কুনা

১ লৌকুরাকপা—লৌক্রাবপা, লৌক্রাকপম মচা।

লাই ঊশিংদা তাইএ। থানিন ঊরাইদা লাই পুথী হোক্লেও। ২৬নি মুমশ-কৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন থা নিংথৌকাবনা নিনি পানলে। ৩নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনচিংনা বিষ্ণুপুরদগী কাঞ্চিপুর তান্না লৈপাক পুন্নবা ওংএ[1]। ২৬নি ঊরাইদা কৈদা হিদং শ্যামপূর্ণদা শিজ থিনখৈএ। ২৮নি থাঙজদা ইংঙা থাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংঙা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। হাওবমচা অহল্লুপ লাকপা বিষ্ণুরাম শিএ। ইঙেন থা মুমশকৈশনা হল্লে। ১৬নি শগোলসেন্দা শ্যামকান্ত কোরুংহনবা শিএ। ২৮নি লংমাইচিংদা থাবম-লাম্পগী সোরাইসম্বু পোৎ শেনএ হায়ফুনা মতু মচা খোমগংলে। ইঙেন থা শগোলসেন্না হনএ। অদু মুমিত্তা ইপি শাংশীনা মচা ইবুংঙো মারজিৎ[2] পোকএ। ৯নি লংমাইচিংদা থৌরান থাগী সংক্রান্তি ওইএ। ৫নি নিংথৌকাবদা সোরাইসম্বা পোৎশেম্বু ওগ্রদা থাইএ। ২৫নি লংমাইচিংদা রাংখচান্দ ময়াংদগী থুংলৈএ। ২৮নি মুমশকৈশদা ইবুংশিজ নীরমণি শিএ। থৌরান থা থাঙজনা হনএ। ৫নি মুমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা ইবুংশি গোবিন্দ-শাই[3] যাইফল তাকপ শিএ। লাংবন থা লংমাইচিংনা হনএ। নিনি নিংথৌ-কাবদা কুন্না হোৎ। ৬নি ঊরাইদা মেরা থাগী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৫নি লংমাইচিংদা হিয়াঙ্গৈ থাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থা মুমশকৈশনা হনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা পোয়েন্দগী সংক্রান্তি ওইএ। ১১নি ঊরাইদা কাঞ্চিপুরগী রাসমণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ[4] অভিষেক তৌএ। মুমিৎ ৫নি রাস শায়েএ। ১৩নি লংমাইচিংদা কাঞ্চিপুরগী তুরেল তৌএ। পোয়েন্দু থা ঊরাইনা হনএ। অদু মুমিত্তা ইপীশিং নিংথেম কুবীবু তুরেল তৌবা য়াওহনএ। ৫নি মুমশকৈশদা বাকচিং থাগী সংক্রান্তি ওইএ। বাকচিং থা লংমাইচিংনা হনএ। ৫নি শগোলসেন্দা ফাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনা লাম্মীবু তল থাওএ[5]। ১৬নি নিংথৌকাবদা থাংবম দেবরামদা শিজ

---

১ ওংএ—হোংএ।

২ মারজিৎ—ময়াংগী মারজিৎ মহারাজ।

৩ গোবিন্দ শাই—মৈথিংঙু কুবী চথাইরোংবনা থাকত চড় লৌহুনা পোকপা মচা ইবুংঙো থমলাং পাম্নবা য়াংথৈরাকপনা থাত্রন ১ম পাম্নফুনা গোবিন্দ শাই পোকই।

৪ শ্রীগোবিন্দ অভিষেক—হরিউথান মুমিৎতা কাঞ্চিপুরগী রাসমণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবগা মুমিৎ ৫নি মেরা য়াহুকপা মুমিৎ কাওবা রাস শাযে।

৫ তল থাংবা—তল পীজবা।

থিনথৈএ। নোংমা লৈপাকপোকপদা তুরেল অমনবা তেংএ। ২৭নি শগোল-সেন্দা পুক্ম হাংপা হাওগী লাল্লু ও গুগ্না পুবকএ। ২৮নি থাঙজদা ইবুংশি যুবরাজনা গুগ্ লান্দানবা চংলে। কাইবেন থা লৈপাকপোকপনা হুনলে। ৫নি থাঙজদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশি যুবরাজনা শগাংখাংলেন নাবা থুংলৈএ। মুংশিংযাবা চেংপু ২মানচিংনা লাল ৮০ পুরকএ। লমদা থা যুমশকৈশনা হুলএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। তখেন বামচবণগী কুমদি শক ১৭০২। ২৯নি যুমশকৈশদা শমশোক্তগী মী ও চেল্লকএ। শজিবু থাদি ঈরাইনা হুলএ। ৭নি শগোলসেন্দা কালেন থাগী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন থা লংমাইচিংনা ২নি পালে। ১০নি নিংথৌকাবদা ইংডা থাগী সংক্রান্তি ওইএ। অজু সুমিত্রা ইবুংশি যুবরাজগী মতু খুবাইজম চম্নুনা মচা শিজ পোকএ। নানবম পুরেংবু শঙাইগ্রৌ খুনলাক-হল্লে। শামু তোংহনা থিনথৈএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা ময়াংদগী বাংথৈ পিনিন্দ্রাম থুংলৈএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা মহাবাজনা লমলাংতোং ইংথেন য়েংবা চংলে। ২০নি শগোলসেন্দা শিজ অতোন ডাংবম ওংবী শিএ। ২১নি ঈরাইদা মিংথেম থুংলৈএ। ইংডা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১২নি শগোলসেন্দা ইংডাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২০নি ঈবাইদা ময়াং অমনা মথল্লা যৈদা শেমএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা কৈশাম বংগাম্নাম- মাইস্নাম খোংজোম্বা ২মানা স্নাগীদমক ঊরুপনৈএ। কৈশামনা পৈহুনা[1] তম্উমকই। থাশি নিংথৌকাবদা লৌক্রাকপা শগোলসেনবা ছিদং শিএ। ইডেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২নি যুমশকৈশদা লাই শ্রীগোবিন্দবু হি তোংহনলে। ৬নি লংমাইচিংদা নিংথেম শিজ মুক্কদা হৈনৌ চানৈএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৬নি থাঙজদা ইবুংশি যুবরাজ চংনা বাথাদা কৈ অমা কাযএ। থবান থা যুমশকৈশনা হুলএ। ১৬নি শগোলসেন্দা লাংবন থাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা লৈপাক পুম্নমা বৌত্রুদা হিযাং য়ানবা শানলে। মাহারুপ থাবমনা তাম্নহিম্নং য়ানলে। হিয়াম থোকএ। ২৯নি যুমশকৈশদা শেন তাংখা অচৌবনা[2] আপিশা ওল্লে। লাংবন থা ঈরাইনা হুনলে। ৩নি লংমাইচিংদা শামুপনগী নাই অমনা মবেমবু হাংলে হায়হুনা মথুং বক্তু্না হৈবোংদা য়াল্লে। ১৪নি শগোলসেন্দা শনশেনবম খুজমনা মতু মবাযৈনবদা পুথেম্না মচেম্বু কনবদা পুথেমনা য়ৈবদা

১ পৈহুনা—চুমদহুনা, লান্দুনা।

২ শেন তাংখা অচৌবা—শেন অচৌবা।

ওইএ। ২৮নি শগোলসেন্দা ইবুংঙো কৈদা হুৎবা কীর্ত্তিচন্দ্র ময়াং চঙলুবা থুংলৈএ। বামোন পন্তসুং থোকলকএ। ২৯নি ঈরাইদা মিংথেম লমলাংতোং কুমএ। থাশি থাঙজদা নিংথেম থুংলৈএ। ইঙেন থা লংমাইচিংনা হলএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা থৱান থাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৬নি য়ুমশকৈশদা চিংঙাথনবম চমু লৈনখুবী শিএ। ২৮নি ঈরাইদা হাওবমচা অহল্লুপ লাকপা পলান্দ শিএ। ৎ৫ ন থা নিংথৌকাবনা হলএ। ১২নি শগোলসেন্দা কবো কৌরংহনবা শ্যামপূর্ণ শিএ। ২৬নি ঈরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থা য়ুমশকৈশনা নিনি পানলে। ৭নি নিংথৌকাবদা পানা ৪মা কৌক্রদা উ য়ানবা চৎলে। ১২নি থাঙজদা ইবুংশিজ যুবরাজনা নুঙ্গৈদা কৈ চনবা চৎলে। কৈ ১ ফারকএ। ১৩নি লংমাইচিংদা ইপি আথাম চমুনা মচা শিজ পোকএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থা শগোলসেন্না হলএ ১৯নি নিংথৌকাবদা ইবুংঙো কৃষ্ণ চন্দ্রনা[1] কৌক্রদগী উ য়ানবা থুংলৈএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশিজ যুবরাজনা চউমবৈদা কৈবন শাবা চৎলে। কৈ ৪ ফায়এ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থা ঈরাইনা হলএ। ৬নি লংমাইচিংদা নিংথেম শিজ য়াওনা লমলাংতোংদা শঙ্কাবা চৎলে। ৬নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম থুংলৈএ। ৭নি শগোলসেন্দা শিজ যাতিশ্বরী চউম্মে। ২৮নি শগোলসেন্দা পোয়রগী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়র থা লংমাই-চিংনা হলএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা পুথ্রী হোয়এ। ৬নি ঈরাইদা ইবুংশিজ আনন্তশাই খাইরাকপনা হৈরোক্তা মরিং ভাইবা চৎলে। ৭নি থাংজদা মংসাম-কৈদগী হৌত্নুনা থক্তিংথোং ফাওবা তুরেল মরিল তেংবা হৈএ। ২২নি লংমাই-চিংদা ওকথুল হাও লাক্তুনা নিংথেমবু খুকমহৈএ। হিয়াং কাংচৈ শাম্নবা য়েংহল্লে। ২৮নি ঈরাইদা রাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। রাকচিং থা নিংথৌকাবনা হনলে। ৫নি পানবা য়ুমিৎতা লৈবাক্কী নগুণ লোৎথোকলবা মী থৈবিকপু বাংথৈ বিন্দৱামনচিংনা পুথ্রিদা নগুণ হাপ্পিএ। ২৬নি ঈরাইদা মোইরাং কানা-মামবু ইথাইদা থাইএ। তেংথন লাম্মী ওসুং পূকয়ু থকএ য়াম্মুনা কৈথেনদা তেন তমগে তৌববু কনবীরে। ২৮নি লংমাইচিংদা কাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। কাইরেন থা য়ুমশকৈশনা হল্লে। অদু য়ুমিৎতা নিংথেম লমলাংতোং কুমএ।

১ ইবুংঙোকৃষ্ণচন্দ্র—ভাগ্যচন্দ্রগী খুমাররাকপা নোংপোক নূপাপাই লাংগনা ইরাং-লোন রারেনবম চচ চথা মরিং লোইথোবী পামমুনা মৈদিংঙু গোবিন্দ মহারাজগী রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগা মা কৃষ্ণচন্দ্রগা মচা ইবুংঙো অহম পোকই। ইবুংঙো কৃষ্ণচন্দ্রদি মী ও দে।

লম্বোইবা চাক চাদবা কৈ মউন শেৎপা ১ ময়াং লৈমনাই শেলুংবগা থুংলয়ে। ২নি শগোলসেন্দা ওক্তোংলাকপনচিংনা কবো থাবি ২৮ লাক্নুনা লমলাংতোংদা কম কায়এ। ৬নি ঈবাইদা নিংথেম থুংলৈএ। ১০নি ঈম্নাইদা ইবুংঙো খাইবাকপা আনন্তশাইনা নিংঙেন খোং তৌবা চৎলে। ১৩নি লৈপাকপোকপদা হৈপোক্তা থুমখোং হুবএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা মন্ত্রিনা নিংঙেন খোং তৌবা থুংলৈএ। ২৯নি লৈপাকপে কপরা লমতাগী ন ক্লান্তি ওইএ। লমদা থা ঈবাইনা হনএ। অদু মুমিৎতা লম্বোইবা কৈ মউন শেৎপনা ভবাদম চৎকে হাযহুনা চংপদা য়াইবিপোক্তা মপুকচতুনা শিএ। ৮নি ঈবাইদা ইবুংশিজ যুবরাজগী মতু শনশেনবম চন্নুনা মচা ইবুংঙো পোকএ। থাশি নোং ঈবাইদা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। তাইমজম তাংথুনগী (ভাংপোম্বগী) কুমদি শক ১৭০৪ থাশি মতুং নোংমা পানবা ঈবাইদা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থা থাঙজনা হনএ। ৫নি শগোলসেন্দা ছিসগাং[1] ২ যুমজাও ২ শঙ ৪মা মৈ হৌএ। ১১নি যুমশকৈশদা নিংথেমনা যুমনাম কুমএ। ১৩নি শগোলসেন্দা নিংথেমগী পোৎলোই থৈপিক চোং সেবপিন তুলাইনচিংবা যাওনা নিংথেমবু থিনকৎলকএ। ১৪নি ঈবাইদা বামোন গুরু বিদ্যালংকারগী মমানা নৈথেন্দা শেন তাংগা হুনএ। ১৬নি লংমাইচিংদা ইবুংঙো কৃষ্ণচন্দ্র কবোতাবনা ভগ্নদা উয নবা চৎএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা শংলাংনৈ হৌএ (শাইএ)। থাশি নোং লংমাইচিংদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন থা নিংথৌকাবনা হনএ। ১৪নি লংমাইচিংদা শরোকথাইবা নারায়ণ হন্নুন্দা থাইএ। ইংগা থা যুমশকৈশনা হনএ। সংক্রান্তিসুং ওইএ। ৪নি থাঙজদা লাই ময়ুমগী ঠাকুর শিএ। চহী ২০ পুনশিএ। ইংগা থা শগোলসেন্না হনএ। ইংগা থা ২ পালে। ৪নি লংমাইচিংদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ৫নি নিংথৌকাবদা নিংথেম শিজ যাওনা লৈপাক অপুম্বা উনমগী ফি শেৎহুনা হৈ চানৈএ। লৈপান শানৈএ। ইঙেন থা থাঙজনা হনএ। ৬নি শগোলসেন্দা ওয়াকিনগী সংক্রান্তি ওইএ। অদু মুমিৎতা লৈপাক অপুম্বা যুমনাক অনী অনী হিয়াং শানাএ। ১৩নি যুমশকৈশদা বামোন গুরুময়ুমগী মী ২ না লম্বোইবা য়ৈএ হায়দুনা মোইবাংদা থাইএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা লুহম্বা হাংগো থারম হাংগো হিয়াং শাম্নহনএ। থারম্মা থোইএ। ২২নি ঈবাইদা বৈত্রদা হিয়াং য়ানবা চৎএ। থবান থা লংমাইচিংনা হনএ। ৭নি থাঙজদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি নিংথৌকাবদা লাংথবানগী পুত্রী তৌএ। ১৫নি শগোলসেন্দা

১ ছিসগাং—হিজগাং, হিয়াঙ হিয়েন থমবা শঙ।

ইবুংশিজ কৃষ্ণচন্দ্রনা কৌক্রদা উ য়ানবা চৎএ। থাদিন নোং থাঙজদা থা শানা ফংএ। ২৫নি যুনশকৈশদা সমসোক্তগী নিপা ৮ নূপী ৩ চেক্লকএ। লাংবন থা লৈপাকপোকপনা নিনি পানএ। ৩নি য়ুমশকৈশদা ফুমলৌদা কৈ ১ ফাবকএ। ৭নি লংমাইচিংদা যোংকী নোংমৈ অকুইবা[1] ১ শাএ। ৯নি লৈবাকপোবপদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। থানিন নোং নিংথৌকা দা ইবুংশিজ মন্ত্রি ইবুংঙো কীর্ত্তিচন্দ্র লাইরিবযেংবা হঞ্জবা তুলসী নারায়ণ ওনদা মৈহেত্তু মযানপা ( মযাংডম্বা ) গী বিজয় পঞ্চালী শেম্বা লোইএ। ২৮নি লংমাইচিংদা ইবুংশিজ যুবরাজগী মচা ইবুংঙো শিক্ত শঙ্কেনবম চম্পনা পোকপা শিএ। মেবা থা য়ুমশকৈশনা হলএ। ১০নি শগোলসেন্দা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থা শগোলসেন্না হলএ। ৫নি নিংথৌকাবদা ইবুংশিজ মন্ত্রিনা হৈংনাব্রত লবোগা রা হাযনবা চৎলে। ৯নি ঈবাইদা পোয়ন্তুগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৫নি লংমাইচিংদা পানা ৪ মানা বৌত্রদা শঙ্গাযগী উ চিংবা চৎএ। পোযন্তু থা থাংজমনা হলএ ৯নি লংমাইচিংদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৩নি শগোলসেন্দা লম্ফবানগী পুরী হোএ। বাকচিং থা লংমাইচিংনা হনএ। ৯নি নিংথৌকাবদা ফইরেল সংক্রান্তি ওইএ। ১৯নি ঈবাইদা মৈদিংঙু চৌংথ খোম্বনা কবচিংগী মহাচীংদা লম হাইবা চৎলে। ফাইরেন থা লৈপাকপোকনা হলএ। ৩১ তুনিঙ্গা নিংথেম থুংলৈএ। ৯নি যুমশকৈশদা লমদগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থা যুমশকৈশনা হলে। ৩নি ঈরাইদা ডাইবাংদা বৈবকপা কৃষ্ণরাম শিএ। ৪নি থংচদা ইপি মোংবীম্বুং শিএ। ৫নি নিংথৌকাবদা ৬ শিং যাদনা শিৎএ। যুম কৈ উ হাযনবা তেকএ। বাহৈংবম ওকলাবগী কুমদি শক ১৭০৫। ২নি ঈরাইদা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন থা ঈবাইনা হলএ। ৫নি লংমাইচিংদা নিংথেমগী শঙ্গাযবেম্মচিংবা লাইবংদা মথোল ও শুবম্বুং শাইএ। ১০নি নিংথৌকাবদা কালেন-গী সংক্রান্তি ওইএ। ১৪নি শগোলসেন্দা রাংথৈ পিনিগ্রাম শিএ। থানিন নোং ঈরাইদা কিযা বৈবংবা শিএ। ২১নি শগোলসেন্দা তথেল লাইবার থুংলএ। ইংডা থা লংমাইচিংনা হনএ। ৩১ তুনিংঙো যুহবাইএ। ১০নি লৈপাক-পোকপদা মৈনি গৌড়ীয় বৈষ্ণব ২ লাকএ। ১২নি শগোলসেন্দা ইংঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৩নি ঈবাইদা শঙ্গাযরেনম্বুং লাই কংলাম্বুং শঙ্গায়এ। তুমিং ৪১নি শাইএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা মযাং লাইবার থুংলৈএ। ইঙেন থা নিংথৌকাবনা হলএ। ৩নি যুমশকৈশদা তথেন লাইবার ফম কাএ।

১ অকুইবা— অশাংবা।

৮নি নিংথৌকাবদা ময়াং লাইবার থুংলৈএ। থানিন নোং নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থা যুমশকৈশনা হুলএ। ১৮নি শগোলসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৫নি ঈরাইদা ময়াং লৈমনাইগী মুকুন্দরাম লুপলাকপা থিনথৈএ। লাংবন থা শগোলসেন্না হুলএ। ২নি ঈরাইদা ইবুংশি যুবরাজনা ময়াং নিংথৌনাইদা বৈ ভানবা চংএ। কৈ অমা ফাযএ। ময়াং নুপী অমা কৈনা চিকনা শিএ। ২০নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থা থাঙজনা হুলএ। ৫নি যুমশকৈশদা স্না যাথং মতোন ইবুংঙো মন্ত্রিনচিংবা অঙম্বা পূর্ণমক্তা হাযদোকএ। ববো এন্দ্রেশ্বা, খাবম কৈবংবা লাসোই সদানন্দবু সনা থৌগ.ন যংএ হাযত্বুনা থুং কোকপিএ। হিযাঙ্গৈ থা নিংথৌকাবনা নিনি পানএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা হাওচোংগা ডাক্রমগা খুল ২মানা নাহা অহল মুম্মএ। মৈ'চিংঙু কোঙযাম্বা হাকথক্তা নাওখিংথোংগী ঈ খুমল লম্বু থোম্বা থোননৌববু ইংঙেন চীংদা খুন লিংহন্দুনা ময়াং লমলেনগী থৌ ভৌহনএ। অতুগী মতু দা ইবে চীংখোঙদা খুল হেংহলএ। অতুগী মতুংদা হাওচোংদা খুল লিংলে, হাওচোংপনলেন কৌএ। মথোয অসিবু ডাপ্রমনা হুলএ হাযত্বুনা জয সিংহ মহারাজগী হকথক্তা থংনএ। মথী থিরদা ডাপ্রমদি মৈদিংঙু থাগেম্বা হাকথক্তা লিংহনএ। অতুগী দমক হাওচোংনা হুনএ হাযত্বুনা যেনবিখিএ। মৈদিংঙু গম্বিরসিংহ হাকথক্তা লাইরিকয়েংবা হজবা নাওতমচা শিবরাম দামুদরদাস ২চীনমনাও ২মানা লমলোংগদা পুথ্রী অমা ভৌএ। মহাপুরুষ শান্তদাসনচিংনা শিংথেম শিজ ভজন অথৌ কুমনা হোঙত্বুনা নমিংদ পদ্ম সাগর কৌএ। অতুগী মতংদা পুথী হুন্দুনা লৌ উনাওমএ। চহী ৩৪ শুক্রদা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্র হাকথক্তা চ-মথাবমচা লাইরিকয়েংবা হজনা তুলসী নারাযণ, নওমচা হিদং সলবাত, যু-ব ইবমচা হিদং ওকুরাম, যুমলেম্নমচা আনন্দরাম ও নটবর মুকুন্দরাম মথোয ৫মা অসিনা লাইরিকয়েংবা দামুদরগী মচা নুপী ইবেম্মা হরিপ্রিযানা[1] পোকপা ইবুংশিজ আনন্দশাই নোংথোনদা হায়জত্বুনা ইবুং শিজ মহাক কুমত্বুনা নৈবোই লাকপা পুবেন লেংজমচা মালতিনা কৈরোই শাগৈ ৫মা থোনত্বুনা যুঙ্গানাই লাম্মী তেংখলম্বুং থাওএ। ২০নি যুমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হোওএ। হৈয়ৈ থা নিংথৌবান্দা হুনএ। ২নি পানএ। ৫নি পানবা শগোলসেন মুমিত্তা ভোলা হোওএ। ১০নি ঈরাইদা হিযাঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি ঈরাইদা ওংখমদা লৈবা হাওবু এবথরদা

১ ইবেম্মা হরিপ্রিয়া—মৈদিংঙু গম্বিরসিংহ মহারাজগী মনাও ইবেম্মা।

হাওনা হাংখিএ। হাও ৫ কায়রোএ। ২৮নি থাঙজদা ইবুংশিজ পাচহনবা খরিথুন্দা থাএ। পোয়ম্নু থাদি লৈপাকপোকপনা হলএ। ৫নি থাঙজদা ইবুংশি আনন্তশাই নোংথোনবনা পুথী[১] হোৎবা হৌএ। অদু মুমিত্তা লাই শ্রীগোবিন্দজি, সনামহীনচিংনা লৈপাক্কী লাই পূনমক লমলোংগী পুথীদা ইরুহল্লি। নিংথেম শিজ য়োইবু য়োইহৈ[২], রামানন্দি লম্বোইবা, বামোন, অহল, অঙম ফথো থৈদিক কুমহুনা ইরহল্লি। চাক থাঙএ। নিংথেম শিজ চৈশে শকই। ফিশাং শেংনা জগোই শাই। নিংথেমদা সনা লুপা কুইজ। মহাবাণীদা সনা লুপা ফিরোই মীরৈবাক্কী কি শান কৌবা ১ কুইজেএ। ৭নি নংমাইচিংদা ইবুংশি মুন্দাঙজনচিংনা বামোন অমাম্বা গৌড়ীয় বৈষ্ণব পূমনক চাক থাঙএ। ৮নি নিংথৌকাবদা নাইচা[৩] ফম্নাইবা শঙ পানবা থৈদিক থাঙএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা ফমথো সমাংসী পূমনক চাক থাঙএ। থুবায় পালা বাংথৈ পালা মসুং চেংপাক থাঙএ। ১০নি হুমশাকৈশদা য়াইস্কুল পালা থুম্ই পালা চেংপাক থাঙএ। তুংগী ময়াং লাইবাবসুং শা মু য়ামনা থাঙএ। লৈনে চৎপা মী থৈদিবকপু থামহুনা ওল চুহি, শঙ্গোম থাঙএ। ১১নি শগোলসেন্দা লমলোক্তে নুপীবু চেংপাক থাঙএ। ১২নি ঈরাইদা পানা ৪ মাগী লৈমনাই শঙথুবা ৪মা শঙ্গোইবা হুম্বা হিদং চাক থাঙএ। লাইরিকয়েংবা অম্নাহম্মু চাক থাঙএ। চামা শেংনা ভাগবত শকত্র। লম্বী চৎপা মী থৈদিবকপু তেল থাঙএ। উমুং তাবা চেংপাক শঙ্গোম থাঙএ। ১৩নি থাঙজদা সেবেক পূমমা চাক থাঙএ। ১৪নি লংমাইচিংদা কোনথাদা চৎতুনা ইপিশিং উতোং চাক চানৈএ। থানিন নোং নিংথৌকাবদা লাংথবান্দা হন্নরএ। কোমুং কাঞ্চিপুবদগী বেক্রুপান্দা চেংপাক চাজেমএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা ইগী য়াংডগী লোৎই থাইএ। ২১নি থাঙজদা পোয়মহুগী

১ মৈদিংগু গরিবনবাজগী মজাইবুংদা, আনন্তশাই নোংপোক লৈথিথোবনা শকাব্দ ১৭০৫ দা পুথী হোৎখিবা অসিগী মতুংইমা হৌজিক লম অতগী মখিং মগী পুথী হায়না থঙলরি। হৌজিক ফাওবা চহী থুদিংগী নোংপোক লৈথিংথোক্কী মচা মশু লৈমা শিজ মহামনা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দগী মন্দিরদগী লাই লেঙহুনা মকম অদুদা চৈশে শক্কুনা পোয়মগী মতানি পানবদা কুইম তৌরি।

২ য়োইবু য়োইহৈ—নিংথৌগী মনাও ইবেম্বশিং—নিংথৌগী মনাও ইবেম্বা ফমথোনকাবীশিং মহারাণী ( লৈমরেন ), অপাম্বী অহন, অপাম্বী নাহা, লৈমথবী অহন, লৈমথবী নাহা অসিবু য়োইবু কৌই। ফমথোন কাদবী মনাও ইবেম্বা অতৈবু য়োইহৈ কৌই।

৩ নাইচা ফমম্নাইনা—মহৎপ নাহাকপ পানাগী ফমাইবশিং।

সংক্রান্তি ওইএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা মচা ইবুংশি পুররাজ[1] লোই থাইএ। হাকচিং থা য়ুমশকৈশনা হল্লে। ৩নি ঈরাইদা কাইনাদা নিংথেমনা থৈবোং য়ানবা চৎএ। ১৭নি ঈরাইদা তখেল লাইবার চওখিএ। ২০নি নিংথৌকাবদা হাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ফাইরেন থা ঈরাইনা হলএ। নিনি থাঙজদা থবানমিচাক মমৈ নাইবা থা নোংচুপঙা থোকএ। থানিন নোং ঈরাইদা শলাম গৌরাংনা শিজ থবাই লৈমদা লৈঙামএ হায়দুনা থাজদা লোই থাইএ। ১৯নি লৈপাক্পোকপদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। অহু মুনিস্তা নিংথেমগী লোয়েনশঙদা নোংমৈজিংডং তাএ। ২১নি শগোলসেন্দা থুমুকচাম্বা কৈরুংবা হরিচরণ শিএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা য়াবাথোংদা ইবুংঙো অরাম্বা হাজারি লংমাইথেম্বা কৈরুংবা লৈমনাই পোৎশংবা হঞ্জবা ৩ মানচিংনা পানা ৪মা শাইথোংদা থুমখোং চকপা চৎএ। ২৭নি য়ুমশকৈশদা হুনতুং থুম্নাকপনচিংনা নিংথেম থুকমলএ। লমদা থা থাঙজনা হলএ। ১৩নি শগোলসেন্দা ইবুংঙো চৌরজিৎ তুলজিৎ[2] মচিনমনাও ২মা না হুৎলে। ১৪নি থাঙজদা ইবুংঙো তেথাও খোম্বনা কাইনদা থৈবোং য়াল্লে। অহু মুমিস্তা ইপুংঙো আরাম্বা হাজারি লংমাইথেম্বা কৈরুংবা, লৈমনাই পোৎশংবা হঞ্জবা কোঙপমচা ওমানা থুমখোং লৌবা থুংলাম্লে। ১৬নি নিংথৌকাবদা চোইথার হাওনা নিংথেম থুকমলএ। ১৭নি লৈপাক্পোকপদা ওংবুল হাওনা লামপাউ চেল্লে হায়দুনা ইবুংশি যুবরাজনা শক্তিশিংনা রাইচৈ তাংহা থম্বুল লান্দানবা চৎএ। শেক্তাদা ইরিলতুং থিংলনএ। ১৯নি শগোলসেন্দা থুংলএ। অহু মুমিস্তা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২০নি ঈরাইদা ইবুংশি জানকুশাই নোংথোমবনচিংনা লৈপাক পূম্নমা ইতম চীংচিন্দা ইরিন থিংবা চৎএ। ২১নি থাঙজদা ইবুংশিজ যুবরাজনা খৌবুম চাংদা হাথম শেম্বা চৎএ। ২৬নি য়ুমশকৈশদা ইপী আথান চম্মু ভাম্বনা মচা শিজ পোকএ। শজিবু থাদি নিংথৌকাবনা হলএ। ১৭নি য়ুমশকৈশদা শাতাংগী ঙামকোকনচিংনা লোইপান হাও ২৫৪ থোমলকএ। নিংথেমনা য়োং থাঙ থুম ফিরোল রামনা পীনখিএ। নোংশাথমগী মতোম্দা তাহনএ। ১৯নি ঈরাইদা ইবুংশিজ নোংথোনবা ইরিল

১ পুররাজ—মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা মাঙথম চম পাম্মদুনা মজাইবুংঙো পুররাজ পোকই। "পুররাজ" হায়বগী মহুতা বুঝাবা লাইবিক থবদা "ইবুংশি যুবরাজ" হায়না ই।

২ ইবুংঙো চৌরজিৎ, তুলজিৎ—মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা চিংঙাথম চন্দু পাম্মদুনা হেমচন্দ্র সেনাপতিগা চৌরজিৎকা মচা ইবুংঙো অনী পোকই, আথাম চন্দ্রদা তুলজিৎ পোকই।

থিবা থুংলৈএ। শক্তাইপ্রো লাইগী কুমদি শক ১৭০৬। ২০নি থাঙজদা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন থা লৈপাকপোকপনা হলএ। ৭নি নিংথৌ-কাবদা ঔরা লাকএ হায়বা তাহনা খুমনখেম্বা চক্রপানি পুপ্রনবনচিংনা পানা ৪মা হৈরোক তান্না লান চংএ। ঔরাদি লাক্তরে। কবো খাগ্বিবু মৈ খারমএ। শন ঈরোই খোমহনা হনথিরে হায়বা পাউ তায়এ। ১৬নি শগোলসেন্দা ইরিন থিংঙেল নমথারএ। ১৭নি ঈরাইদা ময়াং লমগী লম্বোইবা রামানন্দি ১ লাকএ। ২১নি নিংথৌকাবদা ইবুংশিজ যুবরাজনচিংনা লান চেংপা থুংলৈএ। ২২নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি লংমাইচিংদা ইবুংশিজ যুবরাজনা সোইচেপ কম্মেংদা ওকথুল তাইবা চংএ। ফনরসে হায়প্লনা তাইন-রমএ। অদু মুমিত্তা বামোন ভম্পাকলাইলাংপম গোবিন্দনা মচা মকোক ৩ লোম্ভবা পোকএ। তল্লা শিএ। ইংডা থা শগোলসেন্না হলএ। থানিন নোং শগোলসেন্দা ইরোইবা শেলুংবা চুরাননি শিএ। ১৪নি থাঙজদা ঊশিং য়ামনা চাউহনা যুম কৈ থুমএ। কৌ শিএ। কৈথেনম্নং কাদে। হাওবম মরক কাংথৈএ। মী ১ শিএ। নোংশীং য়ামনা শিংএ। থাশি নোং শগোলসেন্দা নিংথেম শিজ য়াওনা চীংথক্তা কৈথেল কায়এ। চীংনান য়ামনা কিষ্টএ। ১০নি নিংথৌকাবদা সনায়ান লোকচাওদা লাইরেন থোকএ। ২১নি শগোল-সেন্দা কবো কাংকম্বু থাজদা থাএ। ২২নি ঈরাইদা খোয়রিথুম্না কৈ ১ ফারকএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি যুমশ-কৈশদা লাইতোঙমগী কোকচাওবা শিএ। থরান থা লংমাইচিংনা হনএ। শোরাইশম পোংশেম্বু লোই থাইএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা ময়াং নিংথৌ নাইগী পেম্বাগী মচানিপা অমবু মতু মরা শিমিন্নএ। অদু মুমিত্তা চিবোম দামুদরনা লাংমুং হাও ২৭ পুরকপা থুংলএ। ১৮নি যুমশকৈশদা ইবুংঙো আরাম্বা কৃতিচন্দ্র অহলুপ লাকপা শিএ। ২৯নি থাঙজদা থরানগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থা লৈপাকপোকনা হলএ। অদু মুমিত্তা মহারাজনা লৈশাং খোংদা ঙা চানবা চংএ। ৫নি থাঙজদা লাইরেন শঙলেন লাকপা অপাং শিএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা থা শানা ফংএ। ১৯নি ঈরাইদা শেন শাব্ কৈরুংবা কঙ্গারাম শিএ। থাশি নোং লৈপাকপোকপদা লাংবন থাগী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থা যুমশকৈশনা হলএ। ৮নি যুমশকৈশদা চিরোম লাইরেন লাকপা কঙ্গারাম শিএ। ২৯নি লংমাইচিংদা খোংজাই হাওনা ফম কাএ। থাশি শগোলসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙৈ থা ঈরাইনা হনএ। ২৪নি

থাঙজদা মযাং লাইবারগা পুরুষোত্তমদাসগা চণ্ডখিএ। পোযম্ থা থাঙজনা হনএ। অহু মুমিত্তা হিযাঙ্গেগী সংক্রান্তি ওই। ২২নি থাঙজদা মোইরাং কোজেংবমগী মনিনা সেংবাই থাগী নুপী অমা লৌএ হাযদুনা সেংবাইদা নাই ওইহল্লে। ২৫নি লৈপাকপোকপদা হজ্বনগী হোংনেনগুম্বমবু লাইফম পানা ওইহনএ। ২৭নি শগোলসেন্দা নাহারুপ অহল্লুপ বা,ক্তৈ নাইএ। নাহারুপনা থোইগুমএ। অহল্লুপনা লাই গোবিন্দজীগী মমাঙদা কীর্ত্তননা থাশা শাইএ। নাহারুপনা ভাবোক ওইএ। বাকচিং থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৩নি ঈরাইদা থৌবুম লমদগী কুবিল অমা থুংলৈএ। অহু মুনিংডা পোয়মুগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৮নি লংমাইচিংদা ময়াংলমগী লম্বোইবা ২ থুংলএ। ২২নি নিংথৌকাবদা চিংডাখনবা নাহারুপ লাকপা প্রেমমালিনচিংনা নাক্বাদগী হৌনা ময়াং নিংথৌ-নাই ফাওনা ভুবেল লৌনমপাল পাংথবা থৈবিকম্বুং লিলোং ফাওনা খেংলএ। ২৫নি শগোলসেন্দা ইবুংশিজ মরবাজ নবানন্দনা চন্দ্রনা চিংডাদা কৈ অমা কাযএ। ২৮নি ঈপাইদা ইবুংশিজ আনন্দশাই নোংথোনবনা মাইথিপেংক্রা লম্বুং খুন শেন্দা চংএ। থাশি নোং লৈপাকপোকপদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ফাইবেন থা যমশাইবশনা নিংনি পানএ। ৫নি থাঙজদা নৈন্দিংঙ চাওথংখোম্বা লম যেংবা চংএ। ১২নি থাঙজদা লোইতাম তাংখোম্বনা চন্দনংবা সনা ছুইএ হায়দুনা মত্ত মচাগা যাওনা থক্ষপা থাইএ। থানিন নেং লৈপাকপোকপদা ইবুংশি আনন্দশাহ নোংথোনবনা লাংমুং খুন শেন্দা থুংলএ। ১৬নি যুমশাইবম্বা চৈপাক পুহা। লোইনাই খাজনা পানা ৪মাগী শঙলাকপনচিংনা চউমবৈদগী হৌনা লম্বাংদেং যাংনা চন্দ্রনদী কৌবা তুরেন ১ তৌএ। থা ২দা লোইএ। নাহারপনা হালএ হাযদুনা শগোল অমোম অমা পীনএ। থাশি নোং যুমশকৈশদা ফাইরেলগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থা শগোলসেন্না হলএ। ২নি ঈরাইদা ইবুংশি যুবরাজনা লৈশাংখোংদা কৈ তানবা চংএ। কৈ ১ ফাবকএ। ক্ষেত্রিগী মী ২ শেংকএ। ১দি শিএ। ৬নি থাঙজদা ইপী শনথেনবী নাইওইবীবু লাইবংবমগী রসচন্দ্র মপা মচানা য়োনএ হায়দুনা ইপী শঞ্জেনবীদি থাজদা থাইএ। লাইবংবম ২মদি তুগ্দা থাএ। মপাম শঞ্জেনবমমুং বাকোংএ। শজিফু থা ঈরাইনা হনএ। অহু মুমিত্তা তথেন লাইবার ফম কাএ। লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। নিনি থাঙজদা ওকথুল হাওনা নিংথেম থুরুমলএ। নিংথেমনা যিবোল য়োং থাঙ থুম হৈ মামনা পীনথিএ। ৪নি নিংথৌকাবদা গুরু মশু অন্নপানন্দ ঠাকুরগী মতু বাহেংথম চমু ঠাকুরাণী

শিএ। লাইরিকযেংবা মুনিবামগী কুমদি শক ১৭০৭ কালেন থা শংমাইচিংনা হুলএ। নিনি নিংথৌকাবদা সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা নিংথেমনা লমলাংদোংদা কুমএ। ২২নি লংমাইচিংদা চোথে হাওগী খুম্রাকপবু শামু তোংহনা মখুন্দা থিনথৈএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা সেকরাই খাগা অরাংগা ২মানা নাহা অহন মুরএ। থানা হুলএ হায়নাখিএ। থাশি নোং লংমাইচিংদা নোংমৈ খুঙ্গা ওবা মাঙথিববু ভাথিবশিংনা হুরেন্দগী খুললকএ। কালেন থা নিংথৌকাবনা হুলএ। ২নি লৈপাকপোকপদা ইপী চোংথা শিএ। ৪নি শগোলসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ৫নি ঈরাইদা ববথোং লৈমনাইদা কৈ অমা কায়এ। ৬নি থাঙজদা হুহুং হাওনা নোংমৈ থাগেম্বা পুরকএ। ১২নি থাঙজদা খুরানপশিংবু উথাযদা খুন লিংহনএ। ইংঙা থা যুমশকৈশনা হুলএ। অহ্ হুমিত্তা লাইশাথাবা হরিচরণ শঙখুবা হুজং শিএ। ৫নি লংমাই-চিংদা ইংঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। অহ্ হুমিত্তা ইপী খুবাযস্থ শিএ। ইঙেন থা শগোলসেন্না হুলএ। ৮নি শগোলসেন্দা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থাশি নোং ঈরাইদা হুমিংপু শানা যংএ। নোংনা খুমহনা উদবে। তৌবিরোই হায়হনা পাঞ্জিবু ইহারাইদা লোই থাইএ। থরান থা থাংহনা হুলএ। ৯নি লংমাইচিংদা থরানগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা নিংথেমনা লমলাং-দোংদা কুমএ। ২৯নি ঈরাইদা চোংথা হাজারি মদনচন্দ্র পাল শিএ। লাংবন থা লংমাইচিংনা হুলএ। ১০নি যুমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৪নি থাঙজদা বামোন ভাগবতী ঠাকুরনচিংনা ইবুংশিংক তান্‌হুশাই নোংথোনবগী মচা ইবুংঙো খুচং[1] যাওনা মী ৪০ রংগা যৌগে চঙখিএ। মেরা থা লৈপাক-পোকপনা হুলএ। ৬নি শগোলসেন্দা মযাংদগী খুাই ম্না থোকলকএ। যাও ২ পুরকএ। ১১নি ঈরাইদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থা শগোলসেন্না হুলএ। ১২নি লংমাইচিংদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। অহ্ হুমিত্তা মযাংদগী লাকপা অনৌবা প্রেমানন্দনচিংনা থুংলৈএ। সন্ন্যাসী অমত্তং ব্রহ্মচারী অমত্তং লাওরকএ। মথোযনা হুমিত্তা গ্রহণ তৌই হায়বৈএ। থানিন নোং যুমশকৈশদা মুহারাইএ। পোযত্থ থাদি ঈরাইনা হুলএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা যুমনাম অনৌবগী যাংথৈহিদং গোপীচরণ শিএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা পোয়ন্থগী

---

১ মচা ইবুংঙো খুচং—গম্ভিরসিংহ মহারাজগী মচা ইবুংঙো নোংপোক লৈরি থোকনা শাংপম চন্দ্র কুঞ্জেশ্বরী পায়হনা ইবুংশিজ মহাশিং খুচং পোকই।

সংক্রান্তি ওইএ। বাকচিং থা লংমাইচিংনা হলএ। অহু মুমিংতা নিংথেম ভগ্নদা দান চংএ। ২নি নিংথৌকাবদা মচা ইবুংঙো যুবরাজবু মাই হায়তুনা মহারাজ হৌকএ। ১২নি যুমশকৈশদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৩নি শগোলসেন্দা মচা ইবুংঙো যুবরাজ নবানন্দ[1] লাইথোক্তুনা নোংগাএ। লৈবাক্কী মী মামনা মশীং থীবা ঙমদনা শিএ। চহী ২ চুপনা লাইথোকপা লোইদে। কাইবেন থা লৈপাকপোকপনা হলএ। ১২নি ঈরাইদা কাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থা যুমশকৈশনা হনএ। ১৩নি লংমাইচিংদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা বামোন লাই মযুমগী চুডামনি ঠাকুরবু বামোন ওকলুও হায়তুনা মপাং ওংহল্লে। শক্তিবু থা ঈরাইনা নিনি পালএ। পুথ্রম্বন পাঙলগী কুমদি শক ১৭০৮ চন্দ্রাব্দ ৯৯৮। ১৩নি লৈপাকপোকপদা শক্তিবুগী পালোক ওইএ। কালেন থা থাঙজনা হলএ। ১৩নি শগোলসেন্দা থাবন লোয়শঙ হৌএ। কাথোক কনাক হাপনা শাইএ। ১৪নি ঈরাইদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২২নি থাঙজদা গোশাবাবাদগী ঠাকুর রাধানাথ থুংলৈএ। মহারাজ চীংথংখোম্বনা শঙাইথেন্দা ওকএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা বামোন চুডামনি থুংলৈএ। অহু মুমিত্তা ইরোম দামুদর শর্মাবা হকবন্নুং ভগ্নদা থাইএ। ২৮নি শগোলসেন্দা লাইযম লোয়শঙ হৌএ। ইংঙা থা লংমাইচিংনা হলএ। ৫নি শগোলসেন্দা নাহারুপ লোয়শঙ হৌএ। ৭নি থাঙজদা বদো চানথাম শিএ। ১১নি যুমশকৈশদা অহল্লুপ লোয়শঙ হৌএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা ইংঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। অহু মুমিত্তা ইবুংশিজ থাবা[2] মযাংদগী থুংলৈএ। ১৯নি শগোলসেন্দা ককচিংনা য়োং শাবরু নুংফান মথক্তগী পাইথিএ। ২৮নি থাঙজদা ইবুংশিজ আনন্দশাই নোংথোনবনা থাযম লোয়শঙ শেনডোম্বা হৌএ। নিংথেমম্নুং মহাবাণীম্নুং য়োইবু য়েংইহৈ অয়াম্বম্নুং য়াএ। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব খৈবিক্তা দান দক্ষিণা ত্তৌএ। ইঙেন থা লৈপাকপোকপনা হলএ। ৩নি যুমশকৈশদা

---

১ যুবরাজ নবানন্দ—মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) মহারাজনা মৈত্তৈ লৈমা থরোইরোন আথাম চহী লীকলাং খোমহানবী শেনবী পাইখুলাম্বী হয়েন নিম্নি কাবী পায়তুনা শকাব্দ ১৬৭৮ (খৃঃ ১৭৫৭) ফাইরেন থা ২০নি পানবা ঈরাই তুমিত্তা পনাহেন নবানন্দ পোকই।

২ ইবুংশিজ থাবা—ভৌত্রামশাই সেনাপতিনা মোইরাংথেম চহ শোংফেনথোংবী পায়তুনা ভত্রসিং থাবা পোকই। ওবা লানগাইনবগী চহী ৭ শত্তাকপা মতমদা শকাব্দ ১৭০৬ তা নিংথেম থাবা অত্রসিং নোংচুপ লমগাইভবনা চহী ২ পানখি। নবসিং মহারাজ অমম্নুং লেবেম্ন মহারাজ চাকাভাবগী মপাবুংনি।

ইবুংশি মার্জিং না হুৎএ। ৭নি লংমাইচিংদা নিংথেম য়াওনা লাইকম লোয়শঙ শঙকায়এ। শঙ মন্নুংদা মযাং লাইবার কমকায়এ। ৮নি লৈপাকপোকপদা কোকচাইদা কৈ অমা কায়এ। ৯নি য়ুমশকৈশদা অহল্লুপ লোযশঙ শজায়এ। ১০নি শগোলসেন্দা নাহারুপ লোয়শঙ শজাযএ। ১৩নি লংমাইচিংদা ইবুংশিজ যুবরাজগী দমক লমলোঙদা চেঙ থুম যেলএ। ১৮নি ঈরাইদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থরান থা যুমশকৈশনা হুলএ। ৬নি নিংথৌবাবদা কবোয়েন্দবেনবা শোমারাম শিএ। অহু হুমিত্তা মযাং লাইবাব চংখিএ। ১৮নি শগোল-সেন্দা লাইবিকযেংবা হুম্ববা ছিদং ক্ষেত্রি হুম্ববা ওমা লোই থাইএ। ২০নি নিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি লংমাইচিংদা শঙলাংমৈ মৈ হৌএ। লাংবন থা শগোলসেন্না হুনএ। ২২নি শগোলসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮নি য়ুমশকৈশদা লাইরেম্মা পানথোইবী মাঙখিএ। মেরা থা থাঙজনা হুনএ। ২৪নি লংমাইচিংদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিযাঙ্গৈ থা নিংথৌকাবনা হুলএ। ১৩নি থাঙজদা শিজ মনাও আথাম চন্নু লৌক্রাকপম ঙংবী শিএ। ১৬নি লৈপাক-পোকপদা ইপি যুবিং শাবীনা মচা ইবুংঙো পোকএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা হিযাঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। পোযন্নু থা লৈপাকপোকপনা হুলএ। ১১নি ঈরাইদা নিংথেম কালারাজদা[1] বুমএ। ২৩নি শগোলসেন্দা পোযন্নুগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি লংমাইচিংদা মযাংলমগী সন্ন্যাসী ও ব্রহ্মচারী ১৭ জগদীশ্বর ঠাকুরগা থুংলৈএ। ৱাকচিং থা শগো লসেন্না হুলএ। অহু হুমিত্তা লাংচিংদা কৈ অমা কাযএ। ১৪নি য়ুমশকৈশদা চিরোম পণ্ডিতনা খ্রীষ্টন থেং নি হায়এ। পণ্ডিত অযাম্বনা ভৌরোই হায়না থংনবদা ভৌবন্দা চিরোম পণ্ডিতপু হৈ হাযনা শেলুংবা হাপএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম থোঙ্জুনা কৈথেল্দা লৈপাক অপুন্বা খোংজাই নাগদবগী বাশবনৈএ। ২২নি য়ুমশকৈশদা নিংথেম চীংথংখোম্বনা খোংজাই নাবা শানএ। অহু হুমিত্তা মতোন ইবুংঙো আনন্দশাই নোংথোনকনচিংনা মযাং ভাম্না রাধানাথ ঠাকুর থিনবা চংএ। ২৩নি শগোলসেন্দা নিংথেম লমলাংলোংদা কাইএ। ২৪নি ঈরাইদা চায়নপুংদা লেকএ। অহু হুমিত্তা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৫নি থাঙজদা লৈমতাক্তা লেকএ। ২৬নি লংমাই-চিং হুমিত্তা পুনমচীংদা ভেঙ্গোল শাইএ। নোংমা কাইরকএ। ২৭নি লৈপাক-পোকপদা মপুথৌ ভেংগোন য়ৌএ। ২৮নি য়ুমশকৈশদা হুংশাই ভাইএ। নোংমা

---

[1] কালারাজ—নিংথৌথোংগী নিংথৌ।

কাইরমএ। থাশি ঈরাইদা কুম্ব ওম্পাক তাইএ। অদু মুমিত্তা খুমহেবা পুখ্রনবা, শৌগাইজাম্বা অহল্লপ লাকপা, থাঙ শাবা বৈরুংবা, থিয়াম চোঙথানবা হুজবা মাথোয় ৪মা লাজিংবা থাইএ। নোংমা থাঙজদা ইবুংশি সেনাপতিনা বোলএ। ওমা লাজিং হলএ। ৩নি নিংথৌকাবদা লান অচঙবা ২ কারকএ। ৫নি মুমশকৈশদা কুম্বুদা শজায শাইএ। নোংমা শগোলসেন্না খোংজাই ফম কাযএ। শেনবুং থুরুপনানাইবা শামু মযা শন্দং কংলৈএ। অত্তু মুমিত্তা লালু ৫ থুংলৈএ। নোংমা কৈথেন শেম্মে। কাডৈজন্নুং শাম্বমএ। লুহুম্নগী চুঙবু খোংজাইগী তেন্না কাপ্পবু কাওদে। খোংজাইগী চুঙবু ৫ লোম্না লুহম্নগী তা হুনববু শামরম কা৩এ। লুহুম্ননা খোংজাই মশা চাগে বাশকলৈএ। ১১নি নিংথৌকাবদা তুইথং তানএ। নোংমা ফাইএ। লাঞ্জিংলেন ৪মা হাজারি ৪মা মখোয ৮ মাদা মহারাজনা সংমংজাই পীহুনা যাত্রা তৌহলএ। নিংথেমদি নোংমা ফাইবৌএ। ১৩নি মুমশকৈশদা মহারাজনা তুইপুইদা থুংএ। অঙৌপাম্বগা লংমাইথেম্বগা ২মানা তেঙোন শঙলৌএ। লাম্মীদি মুজাই তানখিএ। অদু মুমিৎকী অস্থিংদা নিংথেমম্বুং যাত্রা তৌএ। শগোলসেন মুমিৎতা নিংথেমম্বুং মুংকাইদা যৌএ। অদু মুমিৎতা লাম্মীদি খোংজাই চীংখোঙদা তেংগোন শাইএ। থানিন ঈবাইদা নিংথেমনা খোংজাই চীংখোঙ যৌএ। মুমিদাংদা মহারাজনা খোংজাইদা লাইবার শীথিএ। থাঙজা ১৬নিদা তেরাপোকপী য়োনা লম তাইএ। যাচংপুং মতুংদা খোংশাই থাঙ শাবা লাক্কনা থুনযায যৌবিগনো হাযরৈএ। অদু মুমিৎতা মহারাণীগী থুংথোলগা মহাবলিগী মচুমগা পীসিন্নকপা থুংলএ। ১৭নি লংমাইচিংদা খোংজাই থুগাযএ। মহারাজদি কুলচোংযোল্লমদা চত্তনা লানতাএ। লান যামনা ফাএ। শংপম রুপো শেলুবা, হাওবম কুমুদ শেলুংবা ২মাবু তেবাপোকপী তেঙোল শঙহনএ। নিংথেম তম্না হল্লবএ। নিংথৌকাবা লৈপাক পোকপা ২মাদা খোংজাইগী কৌ হেম্বহন্নে। ২০নি মুমশকৈশদা খোংজাইগী থুনযায থাযনা চত্তনা নিংথেমনা তুযাং ঈরোং যৌএ। শাংপম রুপো শেলুংবা হাওবম কুমুদ শেলুংবা ২মাবু ফুনচোংযোন তেংগোন্দগী লাক্কনা মহারাজনা লম হাইও হাযরমএ। ফংগী খোংজাই হাংম ইম্মা মথারম পাংনা লম হাইরুইএ। খোংজাই হাযমদগী হেঙোং ১ যেংশবী ১ থোমফক্কনা নিংথেমনা ফুইথাইদা লৈখিডৈদা কংলএ। ২১নি শগোলসেন্না হিম্বুং চামম্বুং যানএ। মহারাণীগী লুপাকম্বুং থুংলএ। অদু মুমিত্তা লাম্মী অয়াম্বা খোংজাই থুনযায়দগী হনখিএ। ফৌম্বুং মৈ থামমএ। মহারাজনা হি থাম্লিডৈদা ববো তুলসী ফৌরুংহনবা,

খোইবম নম্দো ২মানা খোংজাই হাংনরে হায়না মহারাজদা পাউ তমলএ। মৈদিংঙু চীংথংখোম্বদি তুয়াইদা মুংমুং মুংলমএ। অদু মুমিত্তা খোংজাই হাইমাংনা নাই ১ পুথম ১ পুরক্তুনা নবুথৌশিংগীমুং নঙগীমুং ননাইনে হায়না লোই শাবেএ। ২২নি ঈরাইদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা খোংজাই থুনয়াথদা থৌশাইএ। ঙৈগ্রী শকএ। নুংমুং মুংলমএ। অদু নুমিত্তা তেঙোন তাম্না হুম্বএ। ২৩নি থাঙজদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। নোংমদা মুংকৈদা তেঙোন শঙবনা সিমাংনে মুংঙাইতাননে ঘাইতাম্নে ২ মানা শেনবুং ১ শামু ময়া ২ তেঙোং ১ চুঙশোনপবোনগী পোংকা লাইদিবযেংবা হুক্কবা তুলসী নারায়ণা পুরক্তুনা লৈমাতাক্তা লৈরিবৈদা বংলএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা হাও লংয়াম্বনা নাই ১ পাল পোন অমা তেঙোং ১ বংলএ। নোংমদা হঙ্কএ। খোময়োম্দা জেশএ। পানা লানমীদি মুংতাইদা ফাইরেএ। ২৭নি যুমশকৈশদা মহারাজনা কুম্ব তম্পাক তাম্না হন্দোকলবএ। ২৯নি থাঙজদা হাইমাং অনরক লাক্তুনা নম্তি ১ লুপাতাচীন পুমা পুথম ১ বংলৈএ। অদু মুমিত্তা তেনগুবা লোলাইরোই হপ্পবু থাই ফাওনা লম্বী শেমহল্লোএ। উমুং মুংলমএ। মঙ্গলাঙ্গদি ১নি পানবা লৈপাকপোকপদা মুংশাই তেংগোন্দা চনথোকলবএ। চুংশেন পরেম্বা শেনবুং ২ শামু ময়া ২ পুরক্তুনা বংলৈএ। নোংমা যুমশকৈশ মুমিত্তা মবুকৈ তেঙোন তাম্না হন্দোকলকএ। শগোলসেন মুমিত্তা লৈমতাক তাইএ। ঈরাই মুমিত্তা লমলাংদোং যৌএ। অঙম্বা চাক থাঙেঙ। ফাইরেন থা ৭নি পানবা থাঙজা মুমিংত্তা মৈদিংঙু চী থংখোম্বনা খোংজাই নাবা থুংলৈএ। ৯নি নিংথৌকাবদা মোইরাংদা লৈবা চীরুবু থুমম্বা পুথম্বা থিযামচা চোংথানবা হুক্কবা ২মানা খোমগংলুইএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা চীকখোম্বা থুংলৈএ। ১২নি শগোল-সেন্দা ৫ক মশু সাকুবনা কামুদা চীক থুনশেম্বা চংএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। অদু মুমিত্তা চক্রনদী তুরেল মথিন তেংএ। শাজিবু থা লৈপাকপোকপনা হমএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা কবো থারী থুংলৈএ। ১০নি যুমশকৈশদা সন্ন্যাসী চাক চাদবা অমা কাসিগা ২মা ময়াংদা চঙখিএ। ১২নি ঈরাইদা খোংজাইগী থাঙশাবনা লোই হাবএ। ১৭নি যুমশকৈশদা কবো থারী চঙখিএ। ১৮নি শগোলসেন্দা থাবম লোয়শঙদা কমকাএ। ১৯নি ঈরাইদা ইবুংশি অনন্তশাই নোংথোনবনা ঠাকুর রাধানাথ থিনবা থুংলৈএ। শগোল ২৫ পুথোকলকএ। ২৩নি যুমশকৈশদা শক্তিদুর্গী পালোক ওইএ। অকোইজম খোংজোম্বগী কুমদি শক ১৭০৯ চন্দ্রাব্দ ৯৯৯। ২৫নি ঈরাইদা মরাং

লাইবার রাধারাম থুংলৈএ। কালেন থা শগোলসেন্না হৌরএ। ২নি পানএ। ৫নি লংমাইচিংদা ময়াং লাইবার কম কাএ। অহু মুমিৎতা মাইথম কৈকংবা সোইচেপ কমেংদা লোই থাএ। খিঙ্গুবা নিরঞ্জন মচানা পোৎশেমএ হায়দুনা মপাবু সেকমাইদা লোই থাএ। অহল্লুপনা খোংজাই নাবা চৎলে। লোই-খোমএ। ৯নি শগোলসেন্দা খোংজাই হাইমাং মরাখেংগা থুংলৈএ। থানিন যুমশকৈশদা য়াইবিবোক্তা ইবুংশিজ সেনাপতি চত্তুনা কৈ ২ কায়এ। ১৭নি ঈরাইদা মহারাজনা নীরৈবাক্তগী পুখোকলকপা পোৎফল কৌবা হৈবু থাবা মহৈ পালএ হায়দুনা লৈপাক্কী অঙম্বা থৈবিকতা য়েন্দুনা চাএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা ওক্কোং লাকপা থুংলৈএ। ২৫নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা থাম্মী কম কাএ। ইংজা থা ঈরাইনা হৌরএ। অহু মুমিৎতা কংলা মানশৌনএ। সেকমু ২৩ সুং থোকলকএ। ৩নি লংমাইচিংদা মহারাণী চিংডাম্বী থৈথৈএ। ১২নি নিংথৌকাবদা থাম্মন লরাইদা কৈ অমা ফাযএ। খিয়াম হাজারি কৈনা শোকএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা মহংরাএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা কবো সেকমুঙ্গুং চঙথিএ। ২৬নি লৈপাক-পোকপদা ইংগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থা থাঙজনা হৌরএ। ৬নি শগোলসেন্দা খিযা হাজারি শিএ। ৭নি ঈরাইদা মহারাণী আথা কম্বাল কাযএ। ২১নি থাঙজদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। অহু মুমিত্তা গুরু মনেম শিএ। থবান থা লংমাইচিংনা হৌরএ। ৫নি শগোলসেন্দা ঙাংবম পোৎশংবা হুঙ্গবা দেবধাম শিএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা ময়াং রাধারাম চঙথিএ। ১৭নি যুমশকৈশদা বামোন মনাইনা ঔবারম চেনখিববু ফাদুনা হাৎএ। থবান থা ২ ওইএ। অকোনবা থবান থা লৈপাকপোকপনা হৌরএ। ২নি যুমশকৈশদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ৪নি ঈরাইদা তখেন লাইবার থুংলৈএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা তখেন কম কায়এ। লাংবন থা যুমশকৈশনা হৌরএ। ৬নি ঈরাইদা থাবম লাইফম হিয়াং নায়এ। লাইকমনা ঙমএ। ৪নি থাঙজদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। অহু মুমিৎতা মাহাকপ অহল্লুপ হিয়াং তাম্নেএ। নাহাকপনা ঙমএ। ২৪নি ঈরাইদা মাইবা হংনাইববু পোৎশেমএ হায়দুনা ভগ্নদা থাএ। মেরা থা ঈরাইনা হৌরএ। অহু মুমিত্তা কবো মাইবা য়াইমা শক্রুখোলবু পোৎশমএ হায়দুনা ভগ্নদা থায়ে। ৬নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি লংমাইচিংদা ইকুশিজ সেনাপতিনা ইহারাই-দা শামু ভানবা চৎএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা ময়াংলাইবারগা লোয়ননা

অশৈহনবা প্রমানন্দ চঙখিএ। হিযাঙৈ থা থাঙজনা হনএ। ৪নি মুমশ-কৈশদা হিযাঙৈগী সংক্রান্তি হোএ। ১৩নি ঈরাইদা খোংজাই মাবা থুংলএ। ১৯নি মুমশকৈশদা খোংজাই যম কাএ। নাই ৩ শন্দং ৪ ভেজোৎ থুরূপ ২ পুন্থনা কৎলএ। ২৩নি লংমাইচিংদা লম্বোইবা ভগবানদাস শিএ। ২৮নি ঈরাইদা মোইরাংগী পাংগন শাজৌবনু হাওনে হায়ন্থনা যাংঙ্দা থাএ। পোয়ন্থ থা নিংথৌকাবনা হনএ। অত্থু মুমিংতা মহারাজনা কৌক্রদা শামু তানবা চংএ। ৫নি ঈরাইদা পোয়ন্থগী সংক্রান্তি ওইএ। ৬নি থাঙজদা তখেন লাইবাক থুংলএ। ৭নি নিংথৌকাবদা ইপি ঙাংবম[1] চন্থনা পোকপা ইবুংশিজ মধুচন্দ্র ঔরাদগী খোকলকএ। ৯নি মুমশকৈশদা মচা ইবুংঙো মধুচন্দ্রগা মহারাজগা মপা মচা নাউশেকপা লোক্তা উনৈএ। থানিন নিংথৌকাবদা চন্দ্রগ্রহণ তোএ। অত্থু মুমিংতা লুরাং শঙোনদা শামু ৫ কাএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনা শামু কাবা থুংলৈএ। ১৯নি ঈরাইদা হাওবম কৃত্তিবাসি শামুনা শেক্রুনা শিএ। ২৫নি শগোলসেন্দা শামু লাবা ৩ লাংথবাল্লা থুংলৈএ। বাকচিং থাদি মুমশকৈশদা হনএ। ৪নি থাঙজদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ৭নি লৈপাক পোকপদা বামোন ভাগ্যবতী কংগা চৎপা থুংলৈএ। থানিন নেং মুমশকৈশদা ইবুংশিজ আনন্দশাই নোংথোনগী লাইশঙ চেকী শজায়এ। ২৫নি ঈরাইদা লাংমুং কম কাএ। ২৭নি লংমাইচিংদা ওক্রোংলাকপগা তুমুলাকপগা ২ থুংলৈএ। ইবুংঙো নাহারুপ লাকপনচিংনা নাউশেকপা লোক্তা শামু তানবা চংএ। কাইরেন থা ঈরাইনা হনএ। নিনি থাঙজদা খোংজাই হৈমাংনু ওক্রোংনু কম কাএ। ৩নি লংমাইচিংদা কাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ ৯নি থাঙজদা মহারাজগা মহারাণীগা শামু থেংবা যাওএ। শামু ১৮ কাএ। ময়া অমতা পানবা যাওএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা থুংলৈএ। ১৫নি শগোলসেন্দা ইবুং-শিজ নোংথোমবদা শামু ১ পীএ। ১৮নি লংমাইচিংদা ওক্রোং তুমু চঙখিএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা শামু ৬ থুংলৈএ। ২১নি মুমশকৈশদা শামু ৬ থুংলৈএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা শামু লাবা ১ শুক মশূ ঠাকুরদা পীএ। ২৮নি মুমশ-কৈশদা ইবুংশিজ খোংজাই ভবগী মনাও পোকএ[2]। লমদা থা থাঙজনা হনএ।

---

১ ইপি ঙাংবম চন্থনা পোকপা ইবুংশিজ মধুচন্দ্র— মৈদিংঙু চৌরজিৎ মহারাজনা খরোইরোন ঙাংবম চন্থ মেন্থু লোইথোবী পারনা মা মধুচন্দ্র পোকই। খৃষ্টাব্দ ১৮০১দা মরাদুং লাবণ্যচন্দ্র নোংগাবদা মধুচন্দ্রনা কথান কাখি।

২ ইবুংশিজ খোংজাই ভবগী মনাও—মৈদিংঙু গম্ভীরসিং মহারাজ, মৈদিংঙু

৪নি লৈপাকপোকপদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৫নি থাঙজদা ইবুংঙো হাওধম পুরুষোত্তমগা বৈরাগ্য ৪গা গঙ্গা চঙবা থুংলৈএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা নিংথেমগা মহারাণীগা য়াওনা লমলাংলো' কুমএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা সেয়াখুন লোক্তা কৈ অমা কায়এ। ২৩নি লংমাইচিংদা লমলাংতোংদগী মহারাণী নিংথেম থুংলৈএ। ২৭নি শগোলসেন্দা হৈক্রুজমগা কাংঙমুংগা কাংজৈ শাগৈএ। হৈক্রুজমনা ভমএ। নুপী মশেল লমজেল নায়এ। কাংঙমুং নুপীনা থোইএ। য়াইথোম নাউশেক্কী কুমদি শক ১৭১০। ৪নি শগোলসেন্দা শজিবুগী পাংলোক ওইএ। ৫নি ঊরাইদা থোয়াখুন কৈ লিংবা ছোএ। ১১নি য়ুমশকৈশদা হৈক্রুজমগা কাংঙমোংগা নিংথেম মমাংদা কাঙজৈ শায়হনএ। হৈক্রুজমনা ভমএ। নুপী মশেল লমজেল মাহল্লে। কাংঙমোংগী লৈহাউনা থোইএ। ১২নি শগোলসেন্দা অয়ারম লান তানবা চৎএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা লোইতোংবমগী নিপা অমনা মতৈমা ওংলৈএ হায়দুনা ইথাইদা থাএ। কালেন থংদি য়ুমশকৈশনা হুনএ। ২নি পানএ। ৬নি লংমাইচিংদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। অদু চুমিংতা শিজ খুরাইলৈমা ওইদুনা থাএ। ১০নি শগোলসেন্দা ইংপি লাইথিবয়েংবী মচা শিজ থরাকা অঙোমগা লুহোংএ। ১৯নি থাঙজদা লাংপম শোকপনা মুরাখিবু চুংশোং হাওনে হায়। মরী থিনবদা শোকপবু রাকোং হুনএ। মহারাজনা মুবাখিবু য়ুমথাইনবা ১ ওইহনএ। ২৩নি য়ুমশকৈশদা খংগ্রম লবাইদা কৈ ১ কায়এ। মী ২ শোকএ। থাশি নোং য়ুমশকৈশদা চুমিংপু শানা যংএ। ইংডা থা শগোলসেন্না হুনএ। অদু চুমিংতা নাপেং কৈনা ছিদং শিএ। ৯নি শগোলসেন্দা ইংগাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৫নি য়ুমশকৈশদা ময়াংদগী ইবুংশিজ খুচুং শিজ চন্দ্রাবলীগা ২মা থুংলৈএ। ইংেন থা ঊরাইনা হুনএ। ১০নি লংমাইচিংদা ইংেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২২নি ঊরাইদা থোংজাই যম কাএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা ঔরাদগী নিংথেম মচা সোরাইস্থ মচা ইবুংশিজ রমাকান্ত[১]

---

ভাগ্যচন্দ্রগী মচা ইবুংঙো বিশ্বনাথনি বিং অমা থোংজাইদা কৌই। —শকাই কথাং

"শ্রীমতী মৈত্তৈ লৈমা নোংশয়োন থুনবোং মমুম চহ্ তবং লাহবী থায়ন অহো কাবীনা শ্রীমনা বিশ্বনাথগা শ্রীমনা গম্ভীরসিংগা ২মা পোকএ। মা বিশ্বনাথদি নিংথৌ ওইরে, কুমবাদ ওইএ। শ্রীমা গম্ভীরসিংহদি নিংথৌ ওইএ।" —শকাই কথাং

১ ইবুংশিজ রমাকান্ত—বৈদিংচু চীংথংখোম্বা মহারাজনা সোরাইশ্ম চহ পায়দুনা সনা রমাকান্ত পোকই, শকাব্দ ১৭১০ মেরা থা৮ নি পানবা লৈপাকপোকপদা থিথি। ঐ তাবমদে।

থোকলকএ। ২৯নি ঈরাইদা মাইবা শলাম শক্তিরাম ইহাবাই থাএ। থবান থা থাঙজনা হনএ। ১৩নি শগোলসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৬নি লংমাইচিংদা ইপি থাঙজবী শিএ। লাংবন থা নিংথৌকাবনা হনএ। ১৪নি লংমাইচিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৫নি শগোলসেন্দা পানা চমা ইবিন্দা উ যানবা চৎএ। মেরা থা লৈপাকপোকপনা হনএ। ৪নি ঈরাইদা ভখেন সেনাপতি থুংলৈএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশিজ রমাকান্ত শিএ। ৯নি যুম্নকৈশ্নদা উ যানবা থুংলৈএ। ১১নি ঈরাইদা ভখেন কম কাএ। ১৪নি লৈপাক-পোকপদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৬নি শগোলসেন্দা ভখেন সেনাপতি চত্থিএ। হিয়াঙ্গৈ থা শগোলসেন্না হনএ। ৩নি থাঙজদা ময়াংদগী গৌড়ীয় বৈষ্ণব ২ থুংলএ। ৭নি যুম্নকৈশদা লাইরেম্বাম্বা লাইরেম্বাকপা শিএ। ১৫নি শগোলসেন্দা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়নু থা ঈরাইনা হনএ। অত্থু মুম্বিত্ত মোইরাংশা কৈতুমদগী কে অমা কায়এ। ৫নি যুম্নকৈশদা ময়াং লৈমা শিএ। ১৫নি থাঙজদা পোয়নুগী সংক্রান্তি ওইএ। ২২নি ঈরাইদা ময়াং শেলু বন্দ ময়াংলৈমা শিএ হায়রিএ। ৱাকচিং থা লংমাইচিংনা হনএ। ৪নি যুম্ন-কৈশদা ময়াং লাইশার থুংলএ। ৫নি শগোলসেন্দা নিংথেন শিজ মোইবু যেংহৈ অয়াম্বা সনামহীদা হৈ চানৈএ। ৬নি ঈরাইদা ময়াং কম কাএ। ৭নি থাঙজদা পানা ৪গী নিংথৌশেনবু গায়ত্রি হৈত্তবদি সেনাক কনহন্দে। ১৫নি লংমাই চংদ ৱাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা জয়সিং মহারাজনা ময়াংদা মমেমশিজ ময়াং লৈমগী মতম তৌবা চৎএ। ২০নি ঈরাইদা ইবুংশিজ পাচহনবা ইবুংশিজ কুঞ্জিলা ২মবু মহারাজবু পোৎশেমএ হায়দুনা ময়াংলম থাজিনএ। মহারাণী মপী শরোং নিংথৌমচা থাজদা থাএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশিজ মধুচন্দ্র মচা ইপি য়েনথবেনবীনা মচা ইবুংঙো পোকএ। অত্থু মুম্বিত্ত অরাদগী হুইরোংবম প্রেমলোচননচিংনা মী ৫ চেনবএ। ফাইরেন থা লৈপাক-পোকপনা হনএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থা শগোলসেন্না হনএ। অত্থু মুম্বিত্তা নিংথেম ময়াংদগী থুংলৈএ। ২নি ঈরাইদা তেথাও লান নেকপা ৬৪ লম্বোইবা চঙ্গং থুংলৈএ। ৩নি থাঙজদা ময়াং নিংথেমবু থিনবা থুংলৈএ। ৯নি ঈরাইদা নিংথেম শঙ্গায় হৌএ। ১০নি থাঙজদা ময়াং নিংথৌনা শামু ও পীবা থুংলৈএ। অত্থু মুম্বিত্তা বামোন ভাগবতীমুং লমলাংতোংদা শিএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা চিরুবা (চিরোমচা) হাজারি নিংথৌজাম্বা হাজারি ২ মানচিংমা তেথাও লম্বী কাৎপা চৎলে। ১৫নি

য়ুমশকৈশদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২০ নি নিংথৌকাবদা লাই সমামহীদা ফিংথেমনা শামু ১ কৎএ। ২৬ নি লংমাইচিংদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা কাঞ্চিপুরদা লৈরিঙৈদা শ্রীগুরুমশু ঠাকুর, মতোন ইবুংশিজ[1] নোংথোনবা ২ মা য়াওনা মহারাজ চীংথংখোম্বা মমাংদা শুভ্র জপুম্ববু থায়না মমাংদা মপা মপুনা তৌরমএ হায়বগীদমক মচা মনাওগী মতমগুম পানা পাপোং মীগী থৌদা মীকোকলাকপগী লায়েন অসি থৈবিকপু চনমথাবমচা লাইখিকয়েংবা হজবা তুলশীনারায়ননে য়ুমখাইবমচা প্রশুরাম ছিদং ২ মক্তা হায়দোক্কনা লায়েন অসি পীনখিএ। মহারাজদা স্না তুলা ১ না বাখৈদ্রনা লোইখিএ। শজিবু থা ঈবাইনা হল্এ। ৯ নি থাঙজদা ইয়োমগী ফিংকোম্বানা ঙেখাউ ২৪ লোয়নবা চঙখিএ। বাইখোং খোইদোংগী কুমদি শক ১৭১১। ১৬ নি ঈরাইদা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮ নি শগোলসেন্দা কমেংদগী কৈ অমুবা অমা ফাএ। ১৯ নি ঈবাইদা মহারাজনা অরা লানতানবা চৎএ। কালেন থাদি লংমাইচিংনা হল্এ। ৩ নি লৈপাকপোকপদা ফিংথেম থুংলৈএ। ৭ নি থাঙজদা গুরুময়ুমগী ঠাকুর বমাবু মহারাজনা তেখাওদা পানা ৪ মকী হাজারি ৪, লাম্মী ৭০০ কী লানজিংহল্লে। দোলাই, পুং, ফীরাল, পীতুনা তেখাও চঙহলএ। ১৮ নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংঙা থা নিংথৌকাবনা হল্এ। ৫ নি ঈবাইদা মহারাজনা ঠাকুর মহানরায়ণ ওবপা বিষ্ণুপুরদা কুমএ। ৭ নি লংমাইচিংদা ঠাকুর মহানরায়ণ থুংলয়ে। ১০ নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশিজ য়ুবরাজ লীলা ওইএ। ২০ নি ঈরাইদা ইংঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৩ নি লৈপাকপোকপদা লাংম্লুং ৫০ থুংলৈএ। ইঙেন থা য়ুমশকৈশনা হলএ। নিনি শগোলসেন্দা উম্লংতা খুল্লাকপা শিএ। ১১ নি ঈরাইদা লম্বান্দা কৈ ২ ফাযএ। ১৪ নি নিংথৌকাবদা তেখাওদগী ডাংয়ানবা থুংলয়ে। ২২ নি লৈপাকপোকপদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থা শগোলসেন্না হলএ। ৫ নি থাঙজদা ইপী ফুরিংশাবী শিএ। ১০ নি ঈরাইদা ববো শিংথবম নিমাইগী অচুদা০লগা পিবা য়ুমথুনা মহারাজনা কাংজেবুংদা কমলিঙৈদা নিমাইদা পিবা পীএ। ২৩ নি ঈবাইদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৫ নি ঈরাইদা লংমাইথেম্বা চৈতন্য শেলুংবা ইহাবাইদা থাএ। লাংবন থা ঈরাইনা হলএ। নিনি থাঙজদা কবো শক্রখোনবু মতু য়াওনা মরাংদা চৎহনএ। ৩ নি লংমাইচিংদা লাংলোং ৩০০ থুংলয়ে। ২৫ নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। থাশিনো

[1] ইবুংশিজ নোংথোনবা—মহারাজ গরিবনবাজগী মচা ইবুংঙো আংওশাই।

থাঙজদা সোগাইজাবা অহল্লুপ লাকপা শিএ। মেরা থা লংমাইচিংমা হলএ। ১৭ নি লৈপাকপোকপদা তাম্রধ্বজ ময়াং চঙখি। ২০ নি ঈমাইদা পামা ৪ মা ইরিল মরুদা উ য়ানবা চংএ। ২৬ নি শগোলসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থা নিংথৌকাবনা হলএ। ৭ নি লংমাইচিংদা তেথাঙদগী ঠাকুর মমানা তেথাও ৬০ শগোল ২৯ শ্রীভাগবৎ গ্রন্থ ৫ মা পুস্তক্না থুংলএ। নাহুমা মী ৭০ শিবকএ। ঈরোই শা চারকপা খৈবিকপু লৌমী থাএ। অহু হুমিংতা য়াইরিবোক্তা কৈ অমা যাএ। ১৫ নি নিংথৌকাবদা চন্দ্রগ্রহণ তৌএ। ১৬ নি লৈপাকপোকপদা শা চারকপা খৈবিকপু প্রায়শ্চিত্ত তৌহনএ। ১৯নি থাঙজদা কবো শেন্দুংবা তুলসীগী মতু শাংপম চমু শিএ। থাশিনোং লৈপাকপোকপদা সূর্যগ্রহণ তৌএ। পোযম্ থা যুমশকৈশনা হলএ। ৭ নি লৈপাকপোকপদা ঠাকুর মুহনবাই চঙখিএ। ইবুংশি মধুচন্দ্র পুরন্দরনা থিনবা চংএ। ১৪ নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশিজ পাচহনবা ময়াংগী থুংলএ। ২০ নি নিংথৌকাবদা ইবুংশিজ লালানচিংনা থোকলকএ। কবো নান্দৈবা খুনেকপনা ইবুংশিজ লালাসিংহমু অবাদগী পুরকএ হায়দুনা লাইকমগা বৈকংবা নাহা ওইহলএ। ২৭ নি লংমাইচিংদা পোযম্গী সংক্রান্তি ওইএ। অদু মুনিংতা ইবুংশিজ মধু-চন্দ্রনা ঠাকুর মুহনবাইবু থিল্লুবা থুংলএ। বাকচাং থা শগোলসেম্মা হলএ। ১৩ নি যুমশকৈশদা যুহায়াএ। ১৭ নি লংমাইচিংদা তেথাঙদা খ্বাইম্না চঙখিএ। ২২ নি শগোলসেন্দা থিয়া কৈরুংবনা থারন হাও ভাইবা চংএ। ২৬ নি নিং-থৌকাবদা বাকচাংগী সংক্রান্তি ওইএ। অদু মুনিংতা যুমনাবা কৈরুংবা লাই-রিকয়েংপা ঙিদং ২ মানা ময়াংদগী থুংলএ। লম্বোইম্মা ফি শেন্ডবা ১ ফি শেংপা ৬ পা ময়াং বামসিংনা চিংডুনা মী ৪১ থুংলএ। ফাইবেন থা থাঙজনা হলএ। অদু মুনিংতা থিয়া কৈরুংবা থোংজাই হাংগা থুংলৈএ। ২৭ নি যুমশকৈশদা ফাইবেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮ নি শগোলসেন্দা থাইনা মধুধোনা তৌরম্বা মৈহৌবরোনবু লানমদে হায়দুনা শিঙ্গোকএ। লমদা থা নিংথৌকাবনা হলএ। ১৭ নি যুমশকৈশদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা সাইভোন নাবা চংএ। বিষ্ণুপুরদা নোংমা ফাইরমএ। অদু মুনিংতা কবো থারী লাক্নুনা নিংথেম খুরুমলৈএ। ২৯ নি লংমাইচিংদা চেক্লাপাই ভেঙ্গোম যৌএ। শক্তিবু থা লৈপাকপোকপনা হলএ। ২ নি যুমশকৈশদা হাওখুন চাইথায়এ। মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা খুনয়ায়দা ঔগ্রি শকএ। নিংথেমদি ভম্বা চেক্লাপাই ভেংগোম্দা হন্দোকএ। পানা ৪ মাদি ওকনচিংনা খুনয়াইদা ভেঙ্গোন শাদৌএ। ৩ নি শগোলসেন্দা

হাও থিরবদা হাওগা হাংনহুনা খুরাইতাম্বা হাজারিনচিনা মী ৯ শিরোএ। মোংমৈমা পানথিবা হাও ৯ মুং শিএ। নোংমা তেংগোন্দগী অহিং হনথোক-লকপদা থংনহুনা শেমগী কাত্রমচিংনা খুংত খুংলাই থম্বা মাঙলোএ। ৭নি লৈ-পাকপোকপদা লোকলাও মখিন থিংলমএ। ৯নি শগোলসেন্দা নিংথেম সাইতোন নাবা থুংলৈএ। ১৩নি লংমাইচিংদা অয়েকপা হাজারি, শগোলসেনবা নবচন্দ্র, লৌরেম্বা মুরারি, য়ুমনাবা অরোক, চিবোম ভোয়ারাম, নিংথৌজম বলরাম হাজারি ৬মা লাইরেন নামহরি শেলুংবা মুঙানাই, সোইবম গৌরাং মথোয় ৮ মাবু লোই থাএ। নোংমা নিংথৌকাবদা খুংত খুংলাই চিথমম্বু কৈথেন্দা লম তম্বা পুন্দুনা মৈএ। ককচিং কৈথেনগী কুমদি শক ১৭১২। ২৭নি লংমাইচিংদা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন থা শগোলসেন্না হলএ। ৫নি নিংথৌকাবদা কংলা মানহৈএ। যুমজাওস্র শাএ। ৭নি য়ুমশকৈশদা শঙ্গায় হোএ। ৮নি শগোলসেন্দা হাজারি ২ মানাচিংনা ময়াং লাম্নী ৪৯ গা সাইতোন নাবগী পাউ তালুও হায়দুনা লাকপা থুংলএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা শঙ্গায়মেন শণ্ডকাএ। অদু তুমিত্তা বাইথোংদগী কৈ অমা কাএ। ১৪নি যুমশকৈশদা থা শানা ফংএ। ২৫নি থাঙজদা ইপি চান্দম চন্নু শিএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা ঠাকুরানি অতোন শিএ। ২৮নি য়ুমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংঙা থা থাঙজমা হলএ। ৬নি নিংথৌকাবদা ওকথুল হাওনা শোইচবমেং চাইথায়দুনা মী ৪৫ হাংথিএ। ৮নি থাঙজদা লাইকুরাকপা কংলা কবোরগু ২ মনা মথারম লান লাক্কবনু লাকএ হায়রএ। য়েংবনু লাকডনে মচিল থীএ হায়দুনা শোইচেপ কমেংদা থাএ। অদু তুমিত্তা লোইতোংবম কংজাবু পোংশেমএ হায়দুনা শোই-চেপ কমেংদা থাএ। ১১নি নিংথৌকাবদা আখান চান্দ খাবম লাকপা, কোজেংবা অহল্লুপ লাকপা ২ মনচিংনা শোইচকমেংদা চেবপন লাংথোং তৈবা চংএ। লুহম্বা হাওবু থোমথরক্তনা তুগ্রদা লৈহনএ। ১৭নি লংমাইচিংদা ইবুংশি জ বাংথৈরাকপা লাবন্যচন্দ্রগা হংলেম চন্নুগা লুহংএ। ২১নি শগোলসেন্দা কোজুং অমনবদগী কৈ অমা কায়এ। থাশি নোং থাঙজদা ইংঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংতেন থা লংমাইচিংনা হলএ। ৩নি নিংথৌকাবদা কংলা তোঙএ। অদু তুমিত্তা মবুথো ইবুংঙো খাগেম্বনা ময়াং লান হৌরকপদা লৈকোইদা মানা শানথুপলিতৈদা অতোম চন্নু মেল্লাংথোম্বীদা তাংথদুনা পোবলহনে হায়না পুকচাও কৌববু কংলদুনা খুইরাকপা চলাম্বদা পীদুনা খুইরাকপম ওইহনএ। ৮নি লংমাইচিংদা লুহম্বা হাও ৩০৪ পুকম্পন্দা থুনশিংহনল। ১৮নি

লৈপাকপোকপদা খারম হাও ৩৫ বু মাইকোক্তা লৈহল্লে। ২১নি ঈরাইদা পোং ৬ কবো ৯ মৈতৈ নুপী ২ শুপ্পা মী ১৪ অবাদগী চেল্লকপা থুংলে। ইংজেন থা ২ শুএ। ইংজেন থা লৈপাকপোকপনা হলএ। ২নি য়ুমশকৈশদা ইংজেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ৩নি শগোলসেন্দা ইবুংশিজ নবানন্দ মচা শিজ খোমসবীগা লাইরেন ময়ুমগী চিবানন্দগা লুহোংএ। ৭নি লংমাইচিংদা লুহপ্পা হাও হুইনিং, একথুল হাও, হোংতুং থুনি ৩ মানা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনু থুরুমলয়ে। ৯নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশিজ পাচহনবা মোইরংদগী কৌহৎএ। থবান থা য়ুম-শকৈশনা হনএ। ৪নি থাঙজদা থংনগী সংক্রান্তি ওইএ। ৫নি নোংমাইজিংদা নিংথেম শিজ মাওনা মুঙৈদা হৈনৌ চাবা চৎএ। ১১নি ঈরাইদা লমলোংবেদা কে অমা কাএ। ১৮নি ঈরাইদা খাইস্নাম তাংবনচিংনা তাবংয়ানবা ধৃগি জ্র তেথাও লথু হজবগা তেথাও লাইবাবগা থুংলএ। অহু মুনিস্তা নিংথৌজাগা খুমনগা হিযাং তাম্লেএ। নিংথৌজানা খোইএ। ইমুগা[১] ঈতৌগা[২] তাম্লে। ঈতৌনা হাম্না থোইএ। ইমুনা শবোনবদা ৩ লক থেইএ। নিংথৌজানা হিচিংথংপদা হিকম শোকনা তেকএ। ২২নি য়ুমশকৈশদা তেথাও ল ইবাংক কম বাএ। লাংবন থা শগোলসেন্না হলএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১১নি লংমাইচিংদা মোইরাংদা লৈবা লুহপ্পা হাওনা খারম হাওগী লাল্লু অমা পুবকএ। ১৮নি লংমাইচিংদা ইবুংশিজ রাংথৈরাকপনচিংনা খারম হাও নাবা চৎএ। ক্ষেত্রি মালোমনা তুমমম শাইবুম ২মা চাইথারএ। লান অচঙবা ২ কারকএ। যুঙ্গা নাইনা তোনবী খুননন তোংবা চাইথারএ। লান অচঙবা ২ অশিবা ১ কাএ। পানা ৪ মাগী লানমীনা তোনশেন খুনমন তোংববু নাগে হায়দুনা চংখিনবু খুল হোংশিন্তামদুনা খিবা খঙদদুনা হকবএ। ১৮নি য়ুমশকৈশদা থুংলৈএ। মেরা থা থাঙজনা হনএ। ৮নি ঈরাইদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। থানিন নোং ঈরাইদা মুতুবা কৈরুংবনা তেথাও লথী য়েংবা চৎএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা য়ুমনাম আরোক হাজারিনা তেথাও লথী য়েংবা চৎএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশিজ শামুশেনবা হঙ্গবা থাবনা তেথাও লাইবারগা লোযননা শোমারাদা চেঙকোক পৈথৎপা চৎএ। হিয়াঙৈ থা লংমাইচিংনা হলএ। ৮নি লংমাইচিংদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশিজ পুরন্থা মধুচন্দ্রনচিংনা তেথাও নাবা চৎএ। ২২নি

১ ইমু—লোকাক মরাদা তাবা থুনশিং।
২ ঈতৌ—তুরেল অচৌবা মপান্দা তাবা থুনশিং।

লংমাইচিংদা শোইশ কমেংনা লুহুপ্পা হাও ৩ ফাবকএ। ২৫নি য়ুমশকৈশদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা মোরান নাবা চংএ। ২৯নি লংমাইচিংদা গুরু মণু ঠাকুর অদ্বৈতানন্দনচিংনা ৎখুল হাও তানবা চংলে। পোয়ন্থু থা লৈপাকপোকপনা হুনএ। ৮নি নিংথৌকাবদা পোয়ন্থুগী সংক্রান্তি ওইএ। ১১নি ঈরাইদা ঔরাদগী মী ১০ চেল্লকএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা অরাঙশঙ, বায়েনশঙ ২মা মৈ হৌএ। ২৭নি থাঙজদা ময়াং লাইবাব থুংলৈএ। বাকচৌং থা য়ুমশকৈশনা হুনএ। অছু হুমিংতা ময়াং লাইবার কম কাএ। ২নি শগোলসেন্দা শিজ মায়না চন্দ্রিনা তীর্থ য়োবা চংএ। ৫নি লংমাইচিংদা ঠাকুর মজুমদার শিএ। ৮নি য়ুমশকৈশদা বাকচৌংগী সংক্রান্তি ওইএ। অছু হুমিত্তা য়ুহারাএ। ১০নি ঈরাইদা বাজি মঙ্গলদাস শিএ। ১৮নি লংমাইচিংদা থিয়া-বৈরংবা শিএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা কবো য়েল্লেনবনগী মী ৭ ঔরাদগী চেল্লবএ। কাইয়েন থা ঈরাইনা হুনএ। অছু হুমিংতা চুবা কৈরুংবনা অরাংলমদা তেথাও লম্বী কংথা চংএ। অছু হুমিংতা ঔরাদগী মী ২০ চেল্লকএ। ৭নি শগোলসেন্দা কাইয়েনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮নি য়ুমশকৈশদা গোবিন্দজিগী লাইশঙ হৌএ। লনদা থা থাঙজনা হুনএ। নিনি লংমাইচিংদা ভাঙবম ছিনাউহনবা তেথাওদগী চেল্লকপা থুংলএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা মোইরাংদা ছিনাউহনবা থায়এ। নাহৈবা অয়াম খেবাহুং ওয়ুদা থাএ। লাইশিবয়েংবা ২ না হোদাম কমথৌ ময়াং লমু ৩ না ভাঙবম মিংনাইদবা ৭ মা অসিদি রাইকোক্তা থাএ। নিংথৌশেনবা ১৭ বাদি কৈথেন মমাঙ্গা পুন্দুনা উরোং শীংজানা য়ৈএ। ৪নি য়ুমশকৈশদা অরাঙ পেনাখোংবা ৩৪বু থাবন হাওনা হাংথিএ। ৭নি থাঙজদা লনদগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৮নি য়ুমশকৈশদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা মোবান মাবা থুংলএ। লনজিংলকপা বা থানা কৃষ্ণদাস থোকলকএ। ইবুংশিজ শগোলশেনবা হজবা রমানচিংনা লৈপাকচাব[1] মী ৭০০ থমলমএ। ইবুংশিজ চৈতন্যানন্দ লৌরুংপুরেন অতোম সুন্দরানন্দ, হাওবম অচৌবা, ক্ষেত্রি গোবিন্দরাম, সোকাইজাম্বা বলরাম, থাইরোকপা কামু ৬ মা অসিনচিংনা মী থবা মাঙলোএ। কষুম থগিন্দ্র, ছুইত্রোম প্রেমচানন্দ, হিশাবা লথোম ৩মা থোগল কংজএ। ২০নি শগোলসেন্দা কোঙেংবা অহল্লুপ লাকপা য়ুমনাম অবোক হাজারি, অয়েকপা কোঙাবা হাজারি, চুথনণি বাংথৈ হিজং ৪মা অয়ুদা থাএ। ইবুংশিজ মধুচন্দ্র পুত্রনবাদি ক্যামগৈদা থাইএ। অতোম দোলাইরোই হজবদি শোইশ কমেংদা

১ লৈপাকচাবা—লৈবাক চাকপা।

থাইএ। চিংথাখনবা নাহাকপ লাকপা, খুনবোং শেলুংবা তুলসী মনাও, পোংশংবা হজবা মোতোমদি ৩ মাদি কৈদা শুমএ। থাংবম হিনাউ হনবদি মোইরাংদা থাএ। শক্তিবু খা অহন মোং নিংথৌকাবদা তেথাউ লৈবাক্তা থনবা ইবুংশিজ শগোলসেনবা হজবনচিংনা থুংলৈএ। চেল্লকএ হায়হনা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা পানা ৪ মাগী হাজারিনচিংনা মী ১৭ কৈথেল মনাক্তা শগাঈ শাম্বনা মুমিংচুপ্পা পুমএ। থৌখননা লাম্মীদি কৈথেল মনাক্তা পুন্দুনা উরোংশীংচানা য়েএ। লোমী ওইহল্লে। ৪নি শগোলসেন্দা ইবুংশিজ শগোলসেনবা হজবা রমা মোইরাংদা থাএ। লাইপাগ্রা লোইজাদি তুগ্গ্দা থাএ। নিংথৌজাম্বা বলরামদি থাজদা থাইএ। লাইবেন নামহরি, মাইবম চক্রপানি, এনখোম গৌরাংগো, হুইদ্রোম্বা নাহারাকপা খোমজ্রাম লনা ৫মা অসিদি অরোংদা থাইএ। হারেপ্পা হাজারি বনমালি ইরোইবা কৃষ্ণচন্দ্র থাইখিবা হিদং ৩মাদি শামুপন্দা থাইএ। কবোওজান্দ খুরাইজম মুংয়াম্বা ২মদি ইহারাইদা থাইএ। লাইপ গ্রা নিত্যাইমন্দ ইরোম পুকচাউ ২মদি সেকমাইদা থাইএ। লম্মাবা হাজারি চিরোম নারায়ণ ২মদি ইবুংশিজ চৈতন্যানন্দ লোক্চপুরেনবু লানকমদা শগোল পীদে হায়হনা মতু মচা য়াওনা মীনাই ওইহল্লে। চিরোম নারায়ণদি চৈরাপ মম'ওদা য়েএ। ৭নি লংমাইচিংদা অয়া নান্দেবা ২ মদি শামুপন্দা থাইএ। ভাগ্যচন্দ্রগী পনশাগী কুমদি শক ১৭১৩। ৭নি নিংথৌকাবদা শক্তিবুগী পালোক ওইএ। অহু হুমিত্তা তেথাউ লাইবার কমকাএ। ১০নি শগোলসেন্দা ময়াং লাইবার থুংলৈএ। ১২নি ঈরাইদা ময়াং লাইবার কম কাএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা চন্দ্রগ্রহণ তৌএ। কালেন থা মুমশকৈশনা হনএ। ৩নি ঈরাইদা কংলা হৌএ। ৮নি মুমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা শামুরাইলাংপমগী বামোন কোকপৈনা নুপী অমা থাওনা য়ান্দুনা হাংএ হায়না ময়াংদা থাজিনবদা লম্বীদা মথম্মা শিএ। ইংগা থা শগোলসেন্না হনএ। ১০নি থাওজদা কংলা শওকায়এ। ১২নি নিংথৌকাবদা ইংগাগী সংক্রান্তি ওইএ। থানিন মোং শগোলসেন্দা ময়াং লাইবার থুংলৈএ। ২৫নি লংমাইচিংদা ময়াং লাইবার কম কাএ। ইংজেন থা থাওজনা হনএ। নিনি লংমাইচিংদা শিজ খুমাইলৈমা থবাক অঙোমদা শামু ১ শগোল ১ না চিংনা লনউমপোং অয়াম্বা য়াওনা থিনথৈএ। শওশারোই, অয়োকপা শও ২ জিংহল্লে, অহুগী মথৈ ইবুংশিজ কবোত্যাবা কৃষ্ণচন্দ্রবু উরুংপুরেন হাপএ। ৪নি শগোলসেন্দা ইংজেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ৮নি লংমাইচিংদা ইবুংশিজ উরুংপুরেন কৃষ্ণচন্দ্রনা কৌক্রদা থুমখোং

ছকপা চংএ। ১১নি য়ুমশকৈশদা লোয়েন্বা য়াইস্কুল লাকপা শিএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা থৱানগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থা লৈপাকপোকপমা হুলএ। ৪নি ঈরাইদা ময়াং লাইবাম থুংলৈএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা ময়াং লাইবাম লাক্তুনা প্রকাত্য (প্রবাভর) শিরে হায়রএ। অদু হুমিত্তা ইবুংশিজ উরুং-পুরেন থুমখোং ছকপা থুংলৈএ। ১০নি য়ুমশকৈশদা ময়াং কম কাএ। ১১নি শগোলসেন্দা ইবুংশিজ য়াইস্কুল লাকপা ভজসিংনা ময়াং চঙখিএ। ১৭নি য়ুমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৮নি শগোলসেন্দা কৈথেন অহমবা শেমএ। ২২নি নিংথৌকাবদা বৈথেন অহনবা কাএ। মেরা থা য়ুমশকৈশমা হুলএ। ১৮নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থা ঈরাইনা হুলএ। নিনি থাঙজদা য়ুম্বাবা কৈরুংবা হাওবম কুমুদানন্দ হাজাখি ২ মানা অহুম্নুপ থুমখোং চিংবা থুংলৈএ। ৩নি লংমাইচিংদা ওইনাম বীরসিং কৈরুংবা খোকচাও লব হাজাখি ২ মানা মাহারুপ থুমখোং চিংবা থুংলৈএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়ন্তু থা থাঙজনা হুলএ। ৮নি থাঙজদা কবো শক্রঘন ময়াং লোইহানা থুংলৈএ। ১০নি নিংথৌকাবদা তেথাও লম্বু খোইসনা-দা তেথাও লোইহনবা চঙখিএ। ১৯নি য়ুমশকৈশদা পোয়ন্তুগী সংক্রান্তি ওইএ। ২০নি শগোলসেন্দা লৈকাই লাম্মী শঙশারোই ও মাবু থৌথন শিরে। তেংথনদুং[1] শিংবা হৌএ। কৈ অমম্বুং ফাএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা অঙোমচা বীরমণি কোনশাবা মণিচন্দ্র মপা মচা ও মাবু মিপুমনে হায়না মৈলিংডু চীংথংখোম্বদা নিকৈএ। থুং কোকাপত্নুনা য়ুমনাম অনৌবদা তিলচলএ। ২৮নি ঈরাইদা ময়াং লাইবাব হুনামতি কম কাএ। অদু হুমিত্তা তাইবী লমলেনদুং থোমএ। বাকচিং থা নিংথৌকাবনা হুলএ। ৯নি নিংথৌকাবদা তুম্মন শাইবুম, থুজং ২ মানা শাইভোন নাকদনা লাম্নু ১৬ কংলএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা নাহারূপ থাবমগী কামরন হৈএ। ১৮নি শগোলসেন্দা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা কবোখারীনা অরা লম ওনবগী লাম্নু ২ পীরকএ। থুমখোংদুং নিংঙেম তাম্না থিনথৈএ। ২৫নি শগোলসেন্দা থুমখোং ছুকএ। ফাইরেন থা লৈপাকপোকপনা হুলএ। ২নি য়ুমশকৈশদা ঙৈরা লাকএ

১ তেংথন—তেংথনগী মশিংদি নুং থেংপা, নুং য়ানবা, পুবা, থাঙবা, হৈ লৈ থাবা। কুকপা চেকপন খোনবা, লাংথোং তেংবা, লৈরং থোনবা, তৈবা, অশিবগী হমাইথোক পানবা, মং লেপা, কানবা, মৈথিন তুবা, মৈতান থোংবা, মুংপা কুবা, কোম তৌবা, থাম্না হৈবগী মকম শেংবা, অসিনচিংবা —"শঙ পানবগী মশিন"

হায়হুনা অহল্লপ হাজারি, হাওবম কুমুদানন্দ, কবো খুনবোং হাজারি, তুলসী ৪ মানা চিংনা উরা লান্দানবা চৎএ। ৫নি থাঙজদা উরা লাক্তুরে হায়হুনা লাল ওন্না হল্লকএ। ১৭নি ঈরাইদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থা শগোলসেন্না হলএ। অতু মুমিত্তা মৈয়েংবম কোইহম্বি উমু খুল্লাকপা চিংথাখনবম ইমদিম্নবু তিন্নবোই ইবুংশিজ রাংথৈরাকপগা তিন্নগে হায়হুনা মহারাজদা লুপা তাদা ১০ পুহুনা উরুগঙ তাম্না চঙহুনা হায়কৈএ। নঙনা লানযে হায়হুনা ভগ্নদা থাএ। মমুমগী পিবাদি চৈরাপ মযাঙদা মখোঙ থাংথৎনা য়ৈএ। তেথা ওদগী আরাম্বা মিমাইমুং খুংলৈএ। ১২নি নিংথৌকাবদা থুমখোং চপথায়এ। ১৬নি ঈবাইদা থুমখোং ১ হুকহৌএ। ১৭নি থাঙজদা ইবুংশিজ রাংথৈরাকপনা কৈবুন্দা শা তানবা চৎএ। শা ৪৪ ফায়এ। সৌক্রাকপম পুনানন্দ শান শোকনা শিএ। ১৮নি লংমাইচিংদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। অতু মুমিত্তা ইবুংশিজ চৌরজিংবী পালাগা লৌরেম্বম কৃষ্ণচন্দ্রগী পালাগা হোলি চৎপদা য়ৈনৈএ হায়হুদা লৌরেম্বা কৃষ্ণচন্দ্রনচিংনা পালা অয়াম্বা ভগ্নদা লোই থাইএ। পানা ৪ মী চংনিংশিবনচিংনা মাগী মাগী লৌবাইদা থাইএ। ২০নি লৈপাক-পোকপদা শাংপম জগদানা ইবুংশিজ সেনাপতি তেখাওখোম্বগী মতু থিজ্জম চমুদা য়োনলে হায়হুনা য়োংহিং চন্দনা য়ৈএ। মতাক্তি থ'জদা থাএ। শক্তিবু থা ঈরাইনা হলএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা বুম লোমএ। ১৮নি লৈপাকপোক-পদা শক্তিবুগী পালোক ওইএ। অকোইবম খোংজোম্বগী কুনদি শক ১৭১৪। ১৮নি লৈপাকপোকপদা শক্তিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। ২২নি নিংথৌবাবদা তেথাও লাইবার চঙখিএ। তামাগ্নি কৌরাংনচিংনা। কংলেন থা লংমাইচিংনা হলে। ৭নি থাঙজদা খোংজাই কম কাএ। ইবুংশিজ উরুংপুরেল কৃষ্ণচন্দ্রনা নিংঙেন্দা থুমখোং হুকপা কল্লে হায়হুনা ৮নি লংমাইচিংদা ইবুংশিজ নোংথোমবনা নিংঙেন্দা থুমখোং তৌবা চৎলে। ১৬নি নিংথৌকাবদা ভখেন চিরাংদা লাই-থোকএ। ২০নি ঈরাইদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৬নি শগোলসেন্দা ভখেন চিরাংদা লাইথোকপগী বামোন্না যজ্ঞ তৌএ। শামু য়াইশঙ্গং তাকনাদা থাদোকপবু তাওহুনা ২২নি থাঙজদা শোভ শানা কাএ। থাম্পি নোং নিংথৌ-কাবদা ইবুংশিজ নোংথোনবা থুমখোং হুকপা থংলৈএ। অতু মুমিং কালেন থাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংডা থা লৈপাকপোকপনা হলএ। ৯নি মুমশকৈশদা তাংখম খুইরাকপা দয়ারাম শিএ। মুতুম তামাগ্নি গৌরাংমচিংনা তেথাও চলে হায়না চঙববু ভমদহুনা হল্লকএ। ২১নি লংমাইচিংদা কবুই তাও শন হুবা

লৈশাংথেম মীনাইনা মতু হাংএ হায়দুনা তয়্দা থাএ। ২০নি শগোলসেন্দা ইবুংশিজ রাংখৈরাকপনা সমাধান লোকচাওদা চোথে মমকম য়েংবা চৎএ। ২২নি থাঙজদা পোয়রুগী সংক্রান্তি ওইএ। রাকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হৃদএ। ৭নি নিংথৌকাবদা তরাও পায়েন ২মনা শামুগণ্ডা ১ কাহুনা নিংথেমদা কৎলৈএ। ১৯নি ঈরাইদা কোম্বোজম মমকম[1] থ্বাই থুনকম্দা লৈপাক শুবা হোৌএ। ২০নি থাঙজদা মযাংদগী তেথাও নিংথৌ মতু মচা য়াওনা থ্বংলএ। ২২নি নিংথৌকাবদা রাকচিগী সংক্রান্তি ওইএ। পোৎশংবা হক্সবনা লম্মাংদোংদা লৈবা চোথে থুরেনবু থুন হোংউ হায়দুনা শগোলসেন ২৫নিদা থোৎথৎলকএ। ২৭নি থাঙজদা থ্বংলএ। কাইরেন থা মুমশকৈশনা হলএ। ৬নি ঈরাইদা শন্ডাইপরে খেল-বামনচিংনা তেথাওদগী কবোরম্বু থগিন্দ্রবু কৌথোকপা চঙহনএ। ১৭নি ঈরাইদা মহারাজ মহারাণী য়াওনা থ্বাই থুনকম বোনথৌজম হৃমরদা কেন্দুং (কেন্দ্র) চৎএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা কাইবেনগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থা ঈরাইনা হলএ। অহু মুমিত্তা থ্বাই থুনকমদা নিংথেমগী পুত্রী ২ তৌএ। ৬নি লংগাইচিংদা শামু শঙ, শগোলশঙ উশঙ থোঙ ৪মা হৌএ। ইবুংশিজ খোংজাইঙম্বা মচীন মনাঙসুং[2] মুঙণ থাংলে। ৪নি নিংথৌকাবদা তেথাও নিংথৌমচা না হৃৎএ। ৯নি ঈরাইদা তেথাও নিংথৌ মশু নাহুৎএ। ১৫মি শগোলসেন্দা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু শিংখংলে। ২১নি শগোলসেন্দা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থা থাঙকনা হলএ। ৬নি নিংথৌকাবদা ইরোম মুরারিগা অমুদনগা নাছা শহন মুমএ। মুরারিনা অমুদনবু হাওনি হাযএ। মথোঙ মমাঙদসু যৈনৈএ। শাগৈবুসুং হাংনি হায়-দুনা অহুগীদমক থুংমাবা ৪মদি য়ৈদুনা রাইকোক্তা থাএ। মুরারিনচিংনা ৬মদি ময়াম্বা কৈদা থায়ে। প্রভুরামসুং মরাম্বা বৈদা থাএ। ৭নি ঈরাইদা কবো-রম্বন সেনাপতি তেথাওদগী থুংলএ। ১০নি নিংথৌকাবদা তেথাও কম কাএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা কবোরম্বু সেনাপতিবু পয়থোঙ লাইগী যাথং ইন্দনা লান-নাকতুনা মী য়ামনা শিহল্লে হায়দুনা মোইরাংদা থাএ। লাইরেজম গঙ্গারামগী কুমদি শক ১৭১৭। ২২নি থাঙজদা শজিবুগী পালোক ওইএ। কালেন থা নিংথৌকাবনা হলএ। ৫নি শগোলসেন্দা ইবুংশিজ রাংখৈরাকপনচিংনা তেথাও

---

১ কোম্বোজম মুমকম—পোলিটিকেল এজেন্টশিংনা লৈরবা হৌজিকনা মণিপুরগী রাজ্যপালনা (গবর্ণরনা) লৈরিবা ইংথোল।

২ ইবুংশিজ খোংজাইঙম্বা মচীন মনাও— চৌংথংথোম্বা মহারাজগী মচা ইবুঙো বিশ্বনাথ খোংজাইঙম্বা অমসুং গম্ভীর সিং মহারাজ মচীনমনাও।

লাইবাৰ থিনবা চংএ। ১৭নি মুমশকৈশদা থাইথুনকম কোম্লুং অহনবদা শ্রীগোবিন্দজিগী লাইশঙনচিংনা শঙ ১২মা হৌএ। ২৬নি থাঙজদা ইবুংশিজ বাংখৈরাকপা তেথাও লাইবাৰ থিনবা থুংলএ। ২৭নি নোংমাইজিংদা ময়াংদগী কাশৌত্তিনচিংবা লম্বোইবা ৭ থুংলৈএ। ইংঙা থা লৈপাকপোকপনা হুলএ। মৈদিংঙু চীংথংখোম্বগী মমাঙদা অকোকপা কত্রং লাইবা বাইরিভাবম শূন্ত্রমন্ধুম মুমনাক ৩মা অসিনা ঐথোয়দি অকোকপা কাছারি নত্তে হায়দুনা খুমুবা হন্নবা ৩থৌ হাজারি অথনবা হিদং কংগাথোন হিদং অসিনা ঐথোয়দি অকোকপা কাছারি মহাবনে হায়দুনা জয়সিংহ মহারাজগী মমাঙদা থিনদুনা অকোকপা ৩ইঙামএ। মহাবাজদা ভাংথা ৪ কোংএ। ময়াং শাখৈদা শেন লাখা ৭০০০০ কোংএ। ৭নি নিংথৌকাবদা বাহেংবম লাইঙম্বনচিংনা পানা ৪মগী নিংথৌশেনবা ৪দং মহাবাজনা ঠাকুর বাধানাথদা পাথোন শীএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা ইবুংশিজ চৌবজিংনা ঠাকুর বাধানাথ ৩কপা চংএ। ১৭নি শগোলসেন্দা ইবুংশিজ বাংখৈবাকপনা ঠাকুর বাধানাথ ওকপা চংএ। কালেন থা ২৫নি ঈরাইদা কুচু কাবা হৌএ। ২৬নি থাঙজদা ইংঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংঙেন থা শগোলসেন্না হুলএ। ২নিসু পানএ। ২১নি যুমশকৈশদা নিংথেম মচা কাকবা শিএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা ইংঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থা ঈরাইনা হুলএ। ১০নি নোংমাইজিংদা শ্রীমহাবিষ্ণু ঠাকুর বধানাথ থুংলএ। ১৩নি মুমশকৈশদা খুহাবাএ। থবান থা ২ পানএ। নোংমা পানবা থাঙজদা থবানগী সংক্রান্তিসু ওইএ। অত্তু মুমিত্তা থবান থাগী অহানবসু ওইএ। ২৭নি শগোলসেন্দা ইবুংশিজ বাংখৈরাকপা চন্দ্রনা কৈ অমা কাএ। ২৯নি থাঙজদা থৌবান লৈশাংথেমদগী কৈ অমা কাএ। থবান থা নিংথৌকাবনা হুলএ। ২নি লৈপাকপোকপদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি ঈরাইদা কংলা শীএ। ওইনাম লৈকাইগী মী অমা শোকএ। ২০নি থাঙজদা নান্দেবা বৈরুংবা থুলিং কুব্রিংশাবা কৈরুংবা নরহরি নাউরিয়া বৈরুংবা ওইনাম বৈরুংবা বীরসিং ৪মনাচিংনা কৌত্রদা উ য়ানবা চংএ। লাংবন থা লৈপাকপোকপনা হুলএ। ২নি মুমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ৫নি নোংমাইজিংদা ময়াং লাইবাৰ কোইজ্রি খোংনাংনচিংনা দোলাইতোংবা ২ মী ১৩৫ থুংলএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা ময়াং লাইবাৰ কম কাএ। অত্তু মুমিত্তা গোবিন্দজীগী মণিমুকুটসুং হৌএ। মেরা থা শগোলসেন্না হুলএ। ৩নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি ওই। ১৩নি লৈপাকপোকপদা লাইশঙ শজায়এ। হিয়াঙ্গৈ থা থাঙজনা হুলএ। ৩নি নিংথৌকাবদা

হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। ৫নি য়ুমশকৈশদা ময়াং অঙম্বা কোইদ্রি থোংনাংদা সাকৌতিন্নং চঙখিএ। ৭নি ঈরাইদা তখেন ভুম চক্রনারায়ণা শামু অমা পুদুনা থুংলএ। ১০নি নিংথৌকাবদা ভাংবম অহল্লুপ লাকপনা গন্না চংএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা রাধামাথ ঠাকুর চঙখিএ। অদু মুমিত্তা তখেন লাইবারন্দু কন্না কাএ। পোয়ন্নু থা নিংথৌকাবনা চলএ। ২নি লৈপাকপোকপদা পোয়ন্নুগী সংক্রান্তি ওই। ৫নি ঈবাইদা কোইরেংগৈদগী চৌনা ভুরেল তেংবা হৌএ। ১৭নি থাঙজদা লৈকিম্বীদা ইবুংশিঙ বাংখৈরাকপা য়াওনা কৈ অমা কায়এ। ২৫নি য়ুমশকৈশদা ইপি থাঙেনবী শিএ। বাকচিং থা লৈপাকপোকপনা হলএ ২নি য়ুমশকৈশনা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু মুমিত্তা ইবুংশিঙ বৃষকণাই পাচাহনবা শিএ। ১৬নি লংমাইচিংদা নিত্যাই প্রভু জীশ্চাস তৌএ। ২০নি থাঙজদা শিখোংদগী কাইনম ৪মা চোইংব হাপনা হাংখিএ। ২২নি লৈবাকপোকপদা ইবুংশিঙ বাংখৈবাকপনা থাঙ চীংলক হানৈনা চংলে। ২৮নি নিংথৌকাবদা শঙাইপয়ৌ খেলরাম তেখাও চঙখিএ। কাইরেন থা শগোলসেন্দা হলএ। ২নি ঈরাইদা কাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ৬নি য়ুমশকৈশদা চোইংব হাওনা অঙ্গ্রো চাইথাইরৈএ। মী ১২ হাংখিএ। অদু মুমিত্তা ইবুংশিঙ বাংখৈবাকপনা চোইথব লান তানবা চংএ। ১০নি ঈবাইদা ইবুংশিঙ ... মতু চোংথান চন্নু শিএ। ১২নি নোংমাইজিংদা ইবুংশিঙ বাংখৈবাকপা লান তানবা থুংলএ। ১৬নি শগোলসেন্দা ইবুংশিঙ বাংখৈরাকপনা সোইচেপ বমেংদা লাল লুম্বা চংএ। ২০নি নিংথৌকাবদা ককচিংনা কৈমেংলাং ১ কায়এ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশিঙ বাংখৈবাকপনা খোইচা বমেংদা লান্দাবা থুংলএ। অদু মুমিত্তা থোকচোমগী নাই অমনা শন হাংলে হায়দুনা তুগ্লপা হাংনৈএ। শজিবু থা থাঙজনা হলএ। শবাইশম পুরুষোত্তমগী কুমদি শক ১৭১৮। ৩নি লংমাইচিংদা শজিবুগী পাক্লোক ওইএ। অদু মুমিত্তা ইবুংশিঙ বাংখৈরাকপনা ময়াংদগী তেথাও লম্বু শবোকথাইবগা লোয়ননা থুংলৈএ। ১৭নি নোংমাইচিংদা শঙ্গায়, লাইশঙ, লোইখোমশঙ অহুম্মনচিংনা শঙ ১৯ হৌএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা মৈদিংগু চৌংথংখোম্বনা কাঞ্চিপুরদগী থ্বাই থুনকন কোন্থোকম য়ুম্ফমদা হোংকংলে। ১৮নি শগোলসেন্দা ইবুংশিঙ বাংখৈবাকপা হোংলবএ। কালেন থা লংমাইচিংনা হলএ। ২নি নিংথৌকাবদা নুংশোং হাওনা মহারাজগী মনাই ওইগে হায়রৈএ। অদু মুমিত্তা মুংশোং কম কায়এ। ৫নি য়ুমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙা থা নিংথৌকাবনা হলএ। ৩নি য়ুমশকৈশদা ইবুংশিঙ

ফাওনা পনথোনএ। ইরিন মপান্দম্ পালোই হোৌএ। ১৪নি ঈরাইদা মহারাজনা লৈকম যেংএ। থানিন লংমাইচিংদা মহারাজনা চন্দ্রখোং য়েংবা চৎএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা নিংথৌশেনববু হৈতে হায়দুনা থোগনপোং লৌথোকএ। লিচৈ শৃহলএ। তেংথল ২মা লোই থাএ। ২০নি ঈরাইদা মহারাজনা লৈকম যেংবা চৎএ। অদু মতমদা নিংথৌশেনবা পুন্নমা মহারাজনা কনখিবে। নিং-থৌশেনবমুং থোগনপোং পায়হনএ। ২১নি থাঙজদা ৫কগী আখরাদা মহারাণী য়োইবু যোইহৈ অন্নাম্বা দিবস তৌবা কুমএ। ২৫নি মৃম্নকৈশদা হাও শম ককফয়োই লুহম্না হাংথুন ২মাবু তাকনা লমলেন থোনহলএ। অদু মতমদা ইবুংশিজ নোংথোনবমু কবুই চীংশাং খোমজুনা চন্দ্রনদী মপান লোইহল্লে। থাশি নোং লংমাইচিংদা ফাইবেলগী সংক্রান্তি ওইএ। অদু মতমদা ঠাকুর পূর্ণচন্দ্র মযাংদগী থুংলৈএ। লমদা থা নিংথৌকাবনা হলএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা অদ্বৈত প্রভূগী জীবন্যাস তৌএ। ২৭নি থাঙজদা নিংথেম শিজ লমলাংতোং কুমএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থা য়ুমশকৈশ-না হলএ। অদু মতমদা শিজ চইথি গঙ্গা চংপা থুংলএ। লম্বোইবা বামাথি চংপা ৩মুং থুংলএ। নিনি শগোলসেন্দা নিংথেম শিজ লমলাংদোং কুম্বা থুংলএ। ২৮নি নিংথৌবাবদা ঠাবুর হিদং শ্যামনাগর শিএ। থাশি নোং য়ুমশকৈশদা শজিফুগী সংক্রান্তি ( পালোক ) ওইএ। নিংতোনপা থোম্বগী কুমদি শক ১৭১৫ কালেন থা শগোলসেন্না হলএ। নিনি ঈরাইদা নিংথেম শিজ যাওনা চতুনা ইরিল তুরেল ২মাগী থোং হোংএ। লৈবাক পুন্নমা ওল পীজএ। ৪নি লংমাই-চিংদা শাইতোন হাওনা মহাবাজবু থুক্কমলএ। ২৩নি ঈরাইদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন থা ২ হুএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা বামোন কোনচিন তাবা শিএ। ইংঙা থা লংমাইচিংনা হলএ। ৪নি য়ুমশকৈশদা ইংঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংঙেন থা লৈপাকপোকপনা হলএ। ৬নি লংমাইচিংদা ইংঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থা য়ুমশকৈশনা হলএ। ৭নি য়ুমশকৈশদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৫নি য়ুমশকৈশদা থা শানা কংএ। ২২নি য়ুমশ-কৈশদা ঔবাদগী মী ৯ চেনবএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা আখাম লৌবাইদা কৈ ১ ফাএ। লাংবন থা ঈরাইনা হলএ। ৯নি থাঙজদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি লংমাইচিংদা ভগ্ন শোং শাবা উ য়ানবা ইবুংতো অহল লুপ-লাকপা, নাহাকপ লাকপা, পোংশংবা হজবা, হাওবম শেলুংবা ৪মানচিংনা চংএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনা লৈবাকী অওবা খৈবিকপু কংলাদা

ভাগবত তাহলএ। ২৫নি লংমাইচিংদা মৈদিংগু চীংথংখোম্বদা লাংপোক-লাকপমনা ইবুংঙো অহনবগী মীনে য়ুমজাও নাউদা ওইজগে হায়রিএ। মৈদিংগু চীংথংখোম্বনা শাগে অয়াম্বা কৌহুনা হায়নরবদা ইবুংঙো অহনবদি শোইনাইদে[1]। লাংপোকলাকপমদি মৈদিংগু থংবীলাম্বগী মীনে। মীনমএ হায়হুনা মত মচা য়াওবা মোইরাংদা থাএ। ২৮নি য়ুমশকৈশদা ইবুংশিজ জগদাগী মতুংবু মনাইনা ভানা থিন্দুনা শিএ। মনাই অহুদি মরিন কত্তে হায়হুনা হাংদা পীথিএ। মেদা থা লংমাইচিংনা হুলএ। ১০নি নিংথৌকাবদা কাক তানএ। অদু মুমিংতা ইবুংশিজ মন্ত্রি আনন্তশাইনা গঙ্গা চৎএ। ১১নি লৈ-পাকপোকপদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৯নি য়ুমশকৈশদা ইবেম্মা য়াংঙম্বী লৈমথুবীনা রাধারমন[2] পুহুনা কুম্ভংবদা চঙথিএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা মুতুম গৌরাংনা তেথাও চঙবা থুংলএ। বাযোন কৎকি ১নাচিংনা তেথাও ১২ লাকএ। ২৮নি ঈরাইদা তেথাও যন কাএ। হিয়াঙ্গৈ থা নিংথৌকাবনা হুলএ। ১১নি শগোলসেন্দা হিযাঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। ২০নি ঈরাইদা লাইশ্রবা শেলুংবগা তেথাও লাইবাবগা লোমনহুনা চৎখিএ। ২১নি থাঙজদা ফাভাং হাও লাক্পনা মহারাজবু খুরুমলযে। ২৮নি লংমাইচিংদা হাওবম কুমুদ শেলুংবদা শিজ জাতিশ্বরী থিনখিএ। পোযত্ন থা য়ুমশকৈশনা হুলএ। ১১নি ঈবাইদা পোযত্নগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৮নি ঈরাইদা মহারাজ মন্নার ণী যাওনা কোজুং অমনবা শঙ্গাযরেন মযমদা উতোংচাক চানএ। বাকচিং থা শগোলসেন্না হুলএ। নিনি ঈবাইদা মহারাজ মহারাণী যাংবনা চন্দ্রখোং যেংশা চৎএ। ৬নি থাঙজদা

---

১ শোইনাইদে— উ ভাদে, মচা থাক থনমদে।

২ রাধারমন— রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মমাংদা গৌরশ্যামনা নিংথৌ ওইরিঙৈদা লাংকফনি। মৈদিংগু গৌরশ্যাম মনাবা লৌগাববদা মৈদিংগু গৌরশ্যামগী মনাও ঙংবা লৈমথুবীনা পুশিনখিহুনা নবদ্বীপ্তা সেবা চৎখি; ইং ১৭৯৮ দা তীর্থ লেঙবদা চৈংথংখোম্বা মহারাজনা মমাংনা লাংলবা শ্রীরাধারমনজি ঠুকথা লেঙচই। মদি চীংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপ'দা অকমনা ইখি— 'গঙ্গা ঈরেন পুংবু তানথলবদা ... . ... লাইরেন মৈদিংগু রাজচক্রবর্তী খোই-খোইবদি নহান লোং লাইরেন মমাবি শ্রীশ্রীযুক্ত গৌরশ্যাম সিংহ অমাং ফাংলো মমাম্বনা পোইরৈ মাপুংদা কোরৌ লোঙা থুদিং ঈরাৎ পুকমবা শ্রীরাধারমনজি খোইখোইবু লাইরেন মৈদিংগু মমাবপী হেখি লৈমাংবী লোংবাই ভাংবম চকনা রাংতম মাপুংগী নবদ্বীপ লৈমযাক্তু তারা ঈরাৎ পুকমতগী খোইযোম মা মখোঙথাদা দর্শন চাংজো চপনাযোন সন্দেশ থৎখোন কৎনা য়োইনা পুকমলুইএ।"

য়াংথেম্নাকপগী লাইশঙ মাঙোপ মৈ হৌএ। ৫নি ঈরাইদা খ্বাই থুনকমগী পুথ্রী ময়ায়দা সনাখোংনাং থাইএ। চিথেক ৪দম্ থেবোং ৪ থাইএ। ৭নি লংমাইচিংদা ইংঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১১নি শগোলসেন্দা শাচেপ্তগী ক্যাং নাই অমা কাহ্নুনা কৎলেএ। ২১নি নোংমাইজিংদা য়ুহাৱাএ। নোংমা নিং-থৌকাবদা শ্রীগোবিন্দগী লাইশঙ মাঙোপ মৈ ছৌএ। ইংচেন থা লৈপাক-পোকপনা হৌলএ। ৭নি নিংথৌকাবদা শিজ ময়াংলৈমগা নোংমাইথেম ২নিগা লুহোংএ। ৯নি যুমশকৈশদা ইংচেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি নোংমাইজিংদা নোংমাইথেম বৃন্দাবনবু পোৎশংবা হজ্রবগা যুনদিম্নৌও হায়দুনা মৈচনা ইথাইদা থাইএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা উশমগী গোবমনি, হিদাকশুংবা ভদ্রসিংহ ২না হৈরোক্তগী বৌথৎএ। থবান ১২নি যুমশকৈশদা কবো অচোইবা বৌথৎএ। অহু মুমিংতা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি ঈরাইদা ঙাংবম অচুদানন্দ গঙ্গা চঙবা থুংলএ। লাংবন থা লংমাইচিংনা হৌলএ। ঔবাদগী বোংবক্তম বৃন্দাবনচিংন মী ২৬ চেনকএ। ৪নি ঈরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি নিংথৌ-কাবদা মোংখিজম বৃন্দাবনচিংনা ঈরাদগী মী ৪৫ থুংলএ। মেরা থা নিংথৌ-কাবনা হৌলএ। ৬নি নোংমাইজিংদা অভোম চন্দ্রমনি শমুশেনবা হজ্রবর্ণ না ভুংথেন চান্দ বৌত্রদগী শাম্ব যপনবা অমা কারকপা থুংলৈএ। অহু মুমিংতা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। মহু রাজদি লৈপাকপোকপদা থুংলৈএ। হিয়াংকৈ থা যুমশকৈশনা হৌলএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা য়ুহৎবাএ। ১৪নি লৈপাক-পোকপদা অহৈবা থাঙনা য়ানবা চংদবা অমা ঔবাদগী থুংলৈএ। ইবুংশিজ য়াইস্কুল লাকপা থাবনু নিংথৌ শেম্বীগে হায়দুনা মীকপ থোনএ হায়দুনা ইবুংশিজ থাবনু ময়াং হৈবোক্তা থাইএ। উশম গোবমনিদি হৈযেন্দা থাএ। কবো অচোইবা, কপানন্দ চিঙ্গাংবম, অহি চেকোং ওমদি ঙগ্যদা থাইএ। কবো হৈকা কোজিংবদি বাংভুদা থাইএ। অচোইবম নবচন্দ্রদি ময়াংচংদা থাইএ। খাপাক য়ৈবা খোইতোংদি চাইরেন্দা থাইএ। অচোইবম নরসিংহদি কুমযিদা থাইএ। অচোইবম কুমুদদি খোংয়াংদা থাইএ। থাশি নোং যুমশকৈশদা চকপা লৈম্রামনা কৈ অমা কারকএ। পোয়ম্ থাদি ঈরাইনা হৌলএ। ১৬নি লৈপাক-পোকপদা পোয়ম্নুগী সংক্রান্তি হৌএ। থানিন নোং যুমশকৈশদা থা শানা বংএ। বাকচিং থা ঈরাইনা হৌলএ। ৩নি নোংমাইজিংদা নিংথেম ভবনদা চম য়েংবা চৎএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা পঞ্চরতন বায়েনবনা কুম্ভানাই অযোবপবু বাখিনাইদনা মৈএ হায়দুনা চাই থাইএ। দোলাই পাবদি লৌমী থাইএ।

যুঙ্গানাই য়ুমলেনবা শমলোইবা ২মারু লোই থাএ। ১৩নি য়ুমশকৈশদা হাক-চিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা থোকচাও হাজারিনচিংনা তখেল লম্বী থাংপা চংএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা মহারাজ লম্মাংদোংদা কালা-রাজগী কীর্ত্তন চংএ। থাইরেন থাদি নোংমাইজিংনা হলএ। ৬নি লৈপাক-পোকপদা তেংখন শামুনা ময়াংলম চেনখিবরু হাওরদুনা ফাবজুনা ওয়্দা থাইএ। ৯নি নিংথৌকাবদা ইবুংশিজ বৈষ্ণব তীর্থ চংপা থুংলৈএ। ১৪নি ঈরাইদা থাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮নি ঈবাইদা শ্রীগোবিন্দজিগী লাই-শঙম্ব কংলাম্ব হোৌএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হলএ। ৫নি ঈরাইদা ইবুং-শিজ বাংথৈবাকপনা শোইচেপ বমেংদা লম হাইবা চংখিএ। ১৩নি থাঙজদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। অদু মুমিত্তা ইবুংশিজ বাংথৈবাকপা লম হাইবা থুংলৈএ। ২০নি ঈবাইদা ইবুংশিজ বাংথৈবাকপনা চোইথাব হাও লাকএ হায়দুনা শোইচেপ বমে দা লান্দানবা চংএ। ৭০ মু শায়মএ। অদু মুমিত্তা হাওবম অহল্লপ লাকপা বুমুদানন্দমু চন্দ্রখোংদা লান্দানবা চংএ। ২৫নি ঈবাইদা ইবুংশিজ বাংথৈবাকপনা লান্দানবা থুংলৈএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা ইবুংশিজ বাংথৈবাকপনা চোইথাব হাও লান্দানবা চংএ। শোইচেপ বমে লনে। শজিবু থাদি যুমশকৈশনা হলএ। ৫নি নোংমাইজিং দা ইবুংশিজ বাংথৈবাকপনা লান্দানবা থুংলৈএ। নাম্বিবা লক্ষনগী কুমদি শক ১৭১৯। ৪নি নোংমা লৈ-পাকপোকপদা শজিবুগী পাংলোক ওইএ। ১৯নি থাঙজদা থোকচ ও লাইশ্রবা হাজারি ২মনা তখেন লাইবার থিদুবা থুংলৈএ। বংলেন থাদি সগোলসেন্না হলএ। ৫নি নিংথৌকাবদা যুঙ্গানাই অথনবা অতেংবা ২মকী শঙলাকপা খুন-যোংনচিংনা অবা লম লান চংএ। ৭নি যুমশকৈশদা মহারাণী প্রাখাগী মচা শিজ সেংশপু নেংনাইথেম থনিদা লুহোংএ। ১২নি নিংথৌকাবদা খুম্বোং রতন-মনি তেংখন শঙলাকপা, রাহেংবম চন্দ্র হাজারি, লাইশ্রম মুকুন্দ হাজারি ওমনচিংনা অথন, অতেং, অযেকপা শঙ ওমকনা অবাংলম মখুই নাবা থুংলৈএ। লান ১২ ফারকই। ১৩নি ঈরাইদা কালেনগী সংক্রান্তি ওই। ২৩ ঈবাইদা ইশোক্তা শামু থাইশা তাওই হায়দুনা ইবুংশিজ বাংথৈবাকপা চত্তুনা ফাবএ। অদু মুমিত্তা পাংডন মজনময়ুমগী তোনবনা মহারাজদা মরু অকুপ্পা য়েন্নম বাঠি ৫, চুহি শেনমু ৩০, হিদাক লিফম ২০, হবাই মজল চা ১০, শগোল হবাই চাং ৫ মুগ চাং ৫ অসি বংএ। মরু অকুপ্পগী য়েন্নম বাঠি ৫না অসি লৈববদি বংগা যৌবা থাববোইএ। নঙগী মংশক অসিদি ঐনা থামনা খুম্বা চমলবোইএ হায়দুনা

মতোল ইবুংঙো আনন্তশাই নোংথোম্বদা হায়থোক্লুনা চৈথারোলদা চলও। ননাই অসিম্বু পাংঙনগী শঙলাকহলও হায়দুনা শঙলাকহলএ। অদু মুমিত্তা মহারাজম্বু উত্রাদা গুরু মধু ঠাকুর ভক্তিব্যাস পুরোহিত অসিনচিংনা রামোন অযাম্বা ইবুংশি যুবরাজ রাংথৈবাকপা, ইবুংশি মন্ত্রী অঙোম য়াওনা রাবোইএ। রা মহাক্তি রামোন রামগোপালনা মতোন রামচন্দ্রবু হাৎএ হায়দুনা কৈবোই মচীন্দগী রা থিনবদা ইবুংঙো রাংথৈ বিনোদরামনা হাওদা ভানথোকখ্রমএ। রাথি রাংঙামলবগী রামগোপালবু শেংহনখিবে। ১৫নি ঈবাই মুমিত্তা যুহারাএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা ইংঙাগী স ক্রান্তি ওইএ। ইংঙেন থাদি নোংমাইজিংনা হলএ। ৫নি শগোলসেন্দা শ্রীগোবিন্দজিগী লাইশঙ শঙলাযএ। ফিরোল লম ১৭তবা ১ যুংএ। অদু মুনিংতা ইবুংশিজ মধুচন্দ্রগী মতু শিজ নোংথোম্বদা চমু শিএ। ১৪নি ঈবাইদা শিলোত্তগা লাইবাব থুংলৈএ। লম্বোইবা ৬ম্বু যাওবকএ। ২০নি ঈবাইদা ইংঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। অদু মুনিত্তা শিলোং লাইবাবম্বু ফম বাএ। ২৫নি যুমশকৈশদা লাইসোম মনিপান ভথেন লাইবাব চহাথববু মহারাজ সনা যাথ না ইশাই ওইও হায়দুনা পীখিএ। ২৭নি ঈবাইদা যুহারাএ। থবান থাদি নিংথৌকাবনা হলএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা চোইথাব হাইচুম ২মানা ইরোই ২ পুরক্লুনা লোই হাগে হায়না মহারাজদা থুকমএ। ২২নি নিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি ওই। লাংবন থাদি যুমশকৈশনা হলএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা অহল্লুপ লাকপনা ভথেন লাইবার থিনজিনবা চংলে। ২৩নি শগোলসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি ওই। ২৬নি নোংমাইজিংদা পাজি ঠাকুর আনন্দরাম শিএ। মেরা থাদি সগোলসেন্না হনএ। ১৫নি ঈবাইদা ভথেম লাইবাব থুংলএ। ইঙ্গু অহল্লুপ লাকপনা ভথেন লাইবাব থিনজিল্লুগা ঈপাই থানিন্দা থুংলএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা মেরাগী সংক্রান্তি ওই। থাদি নোং ঈবাইদা ইবুংশি রাংথৈবাকপনা ভিজিদা শামু তানবা চংএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি থাওজনা হলএ। ৫নি যুমশকৈশদা ঔরাদগী মী ২৯ থুংলৈএ। ৯নি লংমাইচিংদা ময়াং লাইথাব হনাপতিগা প্রেমানন্দগা ২মা থুংলৈএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশিজ রাংথৈরাকপা শামু তানবা থুংলৈএ। ১২নি যুমশকৈশদা ময়াং ফম কাএ। ১৬নি লংমাইচিংদা ইবুংশিজ রাংথৈবাকপনা কোত্রদা শামু তানবা চংএ। ১৯নি যুমশকৈশদা শামু য়াপনবা অম্না কাবক্লুনা থুংলৈএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়াম্বু থাদি লংমাইচিংনা হলএ। ৫নি শগোলসেন্দা হনাপতিনচিংনা ময়াং লাইবাব চঙখিএ। ৬নি

ঈবাইদা শিজ তম্ফা অতোনগী মনা হুৎএ। ২৫নি যুমশকৈশদা পোয়ম্নুগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। বাকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৪নি ঈবাইদা ইবুংশিজ য়াংখৈবাকপা চত্তুনা, কোইরেংকৈদা কৈ ৬ কাএ। অদু মুমিংতা ইবুংশি য়াংখৈবাকপা মতু খোইবম চত্নুমা মক্তা ইবুংঙো ১ পোকএ। ১৩নি লংমাইচিংদা হাওবম নিমানন্দনচিংনা তখেন ২ চবাই ২ শিলোংতা লাইংাব চৎপা থুংলৈএ। ১৫নি গশোলসেন্দা পোয়ম্নুগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। অদু মুমিংতা শামু যাইশা শিএ। কাইবেন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা যুহারাএ। অদু মুমিংতা মযাংদগী লখোইবা ওয় খোকলকএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা কোনথাগী শনথিন্নাওকুমিবু মবুন্দো ইবুংঙো গম্বিরবাজ স্নাহাক্তক্তা কৈ ওইকবোই হায়দুনা পোৎশংবদা লৈহনববু জয়সিংহ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা বৈনা য়াহৌদুনা নাই মহুৎ হনহন্নে। মহারাজনা হয়েং তুংদা কৈনহুং পোৎশংবনম্ব থা হৌকবোই হায়দুনা মোংবিজম লক্ষণদা থিলহন্নে। মতোন ইবুংঙো আনন্দশাই নো খোনবদা হায়থোক্তুনা চৈথাবেংন চনহন্নে। ২০নি নিংথৌকাবদা মহারাজ মহারাণীমচিংনা য়োইবু যোইহৈ অযাম্বা গঙ্গা চঙবা চংএ। ২৭নি থাঙজদা ফাইরেংগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা মযাং লাইবাক ছনাপতি থুংলৈএ। থংশি নোং শগোলসেন্দা তখেন লমদগী লখোইবা ৬ থুংলৈএ। লমদা থাদি ঈবাইনা হনএ। ৯নি লংমাইচিংদা অঙোম চন্দ্রমণিবু সেনাপতি ওইহন্দুনা কম্বিরোম্দা মহারাজগী পাউ তাবা চৎএ। ২২নি ঈবাইদা অঙোম চন্দ্রমণি সেনাপতি থুংলৈএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা লমদাগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। থাংশি নোং থাঙজদা য়ামক্তা শাএ। শজিবু থাদি লংমাইচিংনা হনএ। লাইবিরযেংবা অয়োইগী কুমদি শক ১৭২০। ২৬নি যুমশকৈশদা শজিবুগী পালোক ওইএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৩নি থাঙজদা ঊবাদগী মী ১৬ চেন্নকএ। ২৭নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইংঙা থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৩নি ঈবাইদা লৈমনাই থুম্নাকপা ধনীরামু শগোল শামু দোলাই পুং পেরে যাওনা থিনথয়ে। ৫নি নোংমাইজিংদা ইবুংঙো শিজ য়াংখৈরাকপগী মতু অবোইশ্নুনা মচা ইবুংঙো পোকএ। ৬নি নিংথৌকাবদা মখারোমদগী বুন্দাক যামনা অরাংলন পাইএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা যুহারাএ। কালেন থা পূর্ণিমা লৈপাকপোকপা মুমিংকী চন্দ্রগ্রহণ তৌবদা নোং লৈচিন লাকপবু ইবুংশিজ যুবরাজ থংখৈবাকপা লাবন্যচন্দ্র সিংহগী সনা য়াথংনা শেংহন্নে।

লাক্লবিগনি হাযবগা লাকপগা মাম্নরে। ২৩মি ঈরাইদা শুকময়ুমগী বামোন হজবা ঠাকুর গোবিন্দ্রাম শিএ। ২৫নি থাঙজদা মোংসামকৈ থাগেম্বা কৈফমদা উযেন মথোন নাইবা য়াংকোক মরুম পাকপা শোঁএ। হুলাইনা পুখংলুহনা নোংজেংদা থাদেএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা ইংগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ইংজেন থাদি ঈরাইনা হলএ। ১৪নি যুমশকৈশদা ইবুংশিজ বাংখৈরাকপা চন্দ্রনা কুমফি যুমফমদা কৈ মপীমচা ৩ ফাএ। ২৩নি ঈরাইদা শুক মণ্ড ঠাকুর অম্ন-পানন্দগী মচা কমলিনীমা ঠাকুর হিদং গুরুগী মত্তু কৌথোক্তনা যৈএ হায়দুনা মদা রূপানন্দবু মোইবাংদা থাইএ। ২৪নি থাঙজা হুমিংতা ইংজেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থা থাঙজনা হলএ। অহু হুমিত্তা মহারাজ চীংথংখোম্বনা তীর্থ চংথিবা মতুংদা ইবুংঙোশিজ যুবরাজ বাংখৈরাকপা লাবণ্যচন্দ্রনা সনা লৈপাক ফাকলৈদৈ অহুদা সনা য়াথং চায়দুনা কোনশবনা শাবা ভমদবা শেনবুংবু বাই-খোকপদা শাহল্লু লেপনা ভনগদবনে হায়না সনা য়াথং হায়দোকলকএ। রূপানন্দগী নিংথৌশেনগী সোরাম গৌরাং, ইবোইবা চন্দ্রমনি ২মানা পায়েএ। শেনশম্বা লোপাম্বাবা গঙ্গচরন্না থুম্রাকজিন্তদা চাসেপ্পমগী লুপলাকপা কৃষ্ণ-দাসনা, উগুংতা ময়ুমগী আনন্দ্রাম পাখংলাকপগী তৈরেময়ুম ধনীরাম ছইয়াম ৫০ তাংখম, চাসেপ্পম কুবিলা মখোয় ভসিনা সনাযাথং মতুং ইন্না শেনবু শাপা ভমএ। ২৩নি লংমাইচিংদা ভখেল লাইবার কংকোম থুংলৈএ। ২৬নি য়ুমশকৈশদা ৩খেন যম কাএ। থবান থা ২ হুইএ। থবান থা লংমাইচিংনা হলএ। হুমনি লৈপাকপোকপদা থবানগী সংক্রান্তি হোৌএ। ৫নি শগোলসেন্দা তম্পাকনাই হজবা রামনগরবু নয়াংদা পাখোনশীবা চংএ। ১৪নি থাঙজদা ইবুংঙোশিজ বাংখৈরাকপগী মতু শরোকথাইবীনা মচা শিজা পোকএ। ২৮নি থাঙজদা ইম্পি শেখ্রি চম্নুনা মচা শিজা পোকএ। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হলএ। ৫নি ঈবাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ১১নি শগোলসেন্দা ইবুংশি বাংখৈবাকপা যুবরাজনা লোয়াঙ্গে চিন্দুনা হৈক্রু হিদোংএ[1]। মেরা থা

১ হৈক্রু হিদোংবা—মণিপুরগী যামনা চাউবা হিয়াং তান্নবগী কূমৈ অমনি। যাদি মৈদিংগু ইরেংবনা পানবা মতমদগী (খৃ ৯৮৪—১০৭৪) চথরকপনি। হৌজিকসু চহী থুদিংগী লাংবন ১১নি পানবদা শগোলবন্দা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দজিগী থাদপাত্তা হংথিল শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দজি অমসুং রাসেশ্বরী অনীনা থাবক লাকপা হি মথক্তা ভোংলগা লাইমাঙদা হিযাঙ তান্নবগী কূমৈ তৌই। ভেমায় লেপলিবা অনী অহুনা শ্রীবিজয় গোবিন্দদা ফংলগা চেং মচা ১০৮ ধী পরেং অমগা হৈক্রু অমমমগী মরক্তা হপ মতা (মনা) অমমমনা

যুমশকৈশনা হুনএ। ৬নি ঈরাইদা শ্রীপাট ক্ষেত্রদা শ্রীমহারাজ চীংথংখোম্বা লোজায়এ। কথানদা চহী ৪০। খুম্তাকপা ৩লক থাইএ। ৬নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ১৯নি লংমাইচিংদা ভস্পাকনাই হুন্নবা খামনগরগা লোয়ননা ময়াং লাইবার থুংলৈএ। ২২নি যুমশকৈশদা ময়াং কম কাএ। ২৫নি থাঙজদা হাওবম কুমুদানন্দ অহল্লপ লাকপা তখেল্লগী থুংলৈএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি ঈরাইনা হুনএ। ৪নি নিংথৌকাবদা ঠাকুর বিদ্যালংকার গঙ্গা চঙএ। ৭নি যুমশকৈশদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা শিঙ্গ যুক্তিশরী গঙ্গা চঙখিএ। থানিন নোং ঈরাইদা থা শানা কংএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা ইবুংশিঙ্গ বাংথৈবাকপগী মচা ইবুংঙো ইপি ক্ষেত্রি চম্লনা পোকএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশিঙ্গ সেনাপতি মমা শিজগা লোয়ননা ঔরাদগী থোকলকএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা গুরু মন্ত ঠাকুরনশিংনা গঙ্গা চঙএ। পোয়েন্থু থাদি থাঙজনা হুনএ। ৬নি শগোলসেন্দা পোয়েন্থুগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা মহারাজগী পাউ তাযএ। লংমাইচিংদা হিয়াঙ্গৈগী থাশি ওইএ। অদু মুখিত্তগী হৌনা ৭নি কীর্ত্তন তৌএ। ৬নি থাঙজদা রাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু মুখিত্তা তেখাও নিংথৌমচা চঙখিএ।

## ৫৭

## মৈদিংঙু লাবণ্যচন্দ্র

১০নি যুমশকৈশদা শ্রীযুক্ত মহারাজ লাবণ্যচন্দ্র সিংহনা[1] চহী ৪৪ দা নিংথৌ ওইএ। কোম্বুং মনা লৈবাক চহী ৩৫ শুনা লৈতরবস্থ লৈমগে হায়হুনা

---

থনবা হৈক্রু ১০৮ শগী শরে অমগা শরেং অনী অনি অমমম শি। হি তাম্রগাহবী মথবী মজলার্ত্তিগী মতমদা তেংমায় লেপকদবা অনী অচনা ঙাহক অউদা তেংনৌ শাবা অমমমদা। লনা লুপা কোনয়াই পু অমমম হাপ্তুনা শ্রীবিজয় গোবিন্দজিউদা কৎলৈ।

১ মহারাজ লাবণ্যচন্দ্র—ভাগ্যচন্দ্র চীংথংখোম্বা মহারাজনা মৈতৈলৈমা থরোইবোন আথাম চড় নীকলা' খোবী শেনবী পাইথু লাম্বুবী হয়েন নিগিনী ফাবী পারুচনা সনাহন নবানন্দ যুবরাজনে মৈদিংঙু লাবণ্যচন্দ্রনে (লোইয়েন খোবনে) সনা অজোনবনে অহম পোকই। নবানন্দ যুবরাজনা মপাবুং নোংগাত্রিতৈদা লৈথিদবা মরমনা মপাবুং মহারাজগী মহৎ লোইথেনখোম্বা লাবণ্যচন্দ্রনা শিনখি।

মত্তোন ইবুংঙো মহাসিংহ[১] কয়ানবু লৈপাক পুম্নমগী থৃৎ চিংহন্দুনা তৌনকম লাইকম অয়াম্বা মাঙলববু অমরক লিংখৎলে। বাকচিং থা ১৬নি লৈপাক-পোকপদা লৈপাকন্তবা হৌএ। কবাইকোন কোয়এ। কাইরেন থাদি লৈ-পাকপোকপনা হলএ। ৪নি থাঙজদা কাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ৫নি লংমাইচিংদা নোংঙমশঙ, মোংবচীং, য়ুমজাও ৬মা হৌএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা কংলা হৌএ। ২০নি লংমাইচিংদা চিরিক কোজিলদগী কংলাগী অরেং চিংলকপবু গুনদবনুনা মহাবাজনচিংনা মপুথৌ ইবুংঙো বাংথৈম্নাকপা য়াওনা লৈবাক অপুম্বা য়াওনা ওকএ। লমদা থা শগোলসেন্না হলএ। ৫নি নিংথৌকাবদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি ঈবাইদা শঙ্গায় হৌএ। মথোন ৩ শাইএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা মহারাণীনচিংনা গঙ্গা চঙবা থুংলৈএ। শঙ্গায়রেম পুনশিবন্নং হৌএ। শক্তিবু থাদি থাঙজনা হলএ। ৬নি শগোলসেন্দা শক্তিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। থৌদাম থোংচোম্বগী কুমদি শক ১৭২১। ৭নি ঈবাইদা বামোন লোবুকতোংবম গোবিন্দবলহোপপু তারাদা মনাইনা হাত্নুনা শিএ। কালেন থাদি নিংথৌবাম্না হলএ। ৩নি য়ুমশকৈশদা শিজ খাত্তিবরীবু শিজগুরুময়ুম চম্থবদা থিনথৈএ। ৭নি লংমাইচিংদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা চোইথার হানো চন্দ্রখোং চাইথাইনএ। মী ৩ হাৎখিএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা অঙোম সেনাপতিনচিংনা লাম্নানবা চৎএ। চাংনিং লোঙ্গাম্বা তুংবাক থেনমাই থানএ। হাও খোমলকএ। ২১নি থাঙজদা অঙোম সেনা-পতি থুংলৈএ। ২২নি লংমাইচিংদা ইবুংশিজ কবোতাবা ময়াংদগী থুংলৈএ। ২৬নি শগোলসেন্দা কুহারাএ। ইংঙা থাদি লৈপাকপোকপনা হলএ। পাঙনম খুইরাকপা মুঙ্গা কৈকংবা মুঙ্গা ২মা পিবা থৎলৈএ। খুইরাকপা পিবানা চুমএ। কৈকংবা দুঙ্গাদি নোংমৈবুংদা থাইখিএ। ২নি য়ুমশকৈশদা অঙোম সেনাপতিনচিংনা শোইচেপ কয়েংদা লান ভানবা চৎএ। ৫নি থাঙজদা তুমুরাবপা, পনশাবাকপা ২মা থুংলৈএ। ১০নি শগোলশেন্দা ইংঙাগী সং-ক্রান্তি অহানবা ওইএ। থানিন নোং নিংথৌকাবদা মৈদিংঙু লোইবেনখোম্বা কোন্নুং চঙএ। ২২নি নিংথৌকাবদা ককচিং অথৌববু মথুম্না হাৎএ। ইংজেন থাদি শগোলসেন্না হলএ। ১২নি লংমাইচিংদা ইংজেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা ককির ১ না ময়াং খুগায়রক্নুনা ময়াংদা লৈতাম্বা মৈতৈ

১ মত্তোন ইবুংঙো মহাসিং—গম্ভিরনবাজ মহারাজগী মচা ইবুংঙো আনন্দশাই নোংপোক লৈদিবখোম্বনা শাৎপমচম্নু পায়রুনা পোকপা মচা ইবুংঙোনি।

৬৩৫ চেল্লকএ। থবান থাদি ঈরাইনা হুলএ। অহ্‌ নুমিত্তা পাখংবগী মূর্ত্তি শাথা হৌএ। ১১নি লংমাইচিংদা মৈদিংঙু লোইয়েনখোম্বমা বাবোইএ। বা মহাক্তি কবো লৌবাননা পেরে খোংববু খোংকরোই হায়রুনা অহুগী মহুত্তি কৌরাং কৌবা ফুঙ্গা ১ খোংচাই কৌবা ১ গা ২মসি কত্তুনা পেবে খোংবম কৌনা য়ুমনাক লেপহল্লে। লৌবানবুদি পেরে খোংবনে হায়ফরোই হায়রুনা সনা শল অমমা বাথেএ। য়ুমনাবা শেলুংবা গোবিন্দ বাহেংবা বৃন্দাবন শেলুংবা ২মাদা হায়দোক্তুনা লাইরিক য়েংবা হুজবা তুলসী নারায়ণবু কোরী মপাক্তা লাইরিক ইহলএ। মোইরাং তাবদি শিথানে। ১৫নি শগোলসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ২৪নি লংমাইচিংদা মহারাজনচিংনা মহারাণী য়োইবু য়োইহৈ অয়াম্বা য়াওনা লৈশাংখোংদা হৈ চানবা চংএ। লাংবন থাদি থাঙজনা হুলএ। ৫নি য়ুমশকৈশদা ইপি থিয়ানা মচা শিজ পোকএ। ১৬নি লংমাইচিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। থাশি নোং লংমাইচিংদা মৈদিংঙু লোইয়েন খোম্বনা মপা ইবুংঙো চীংথংখোম্বগীদমক ফুমওনগী কীনে শকপা হৌএ। মুমিৎ ৭নি শকএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা শেল ১০,০০,০০০ কৈথেল্দা তুলএ (চাইএ)। মেরাগী সংক্রান্তি অহানবসু ওইএ। ১৮নি য়ুমশকৈশদা খুনাই, বাংথৈ, থুাই, য়াইস্কুল লমখোঙ ৪দা শঙলাক কৈরুং কনহুনা পাঙ্গিনা চেঙ থাঙএ। লৈবাক অপুম্বা লাকলিবা থৈবিক অশোন অনা থাঙনা চেঙ থুম মেনবিএ। হিয়াঙৈ থাদি লৈপাকপোকপনা হুলএ। ১৭নি শগোলসেন্দা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। পোয়নু থাদি শগোলসেন্না হুলএ। ১৭নি থাঙজদা পোয়নুগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। বাকচিং থাদি ঈরাইনা হুলএ। ৯নি থাঙজদা মৈদিংঙু লোইয়েনখোম্বনা লাঙ্গোনগী থারোক লোকচন্দা লৈবাক পুমনা হুপনা কৈ চলএ। থুকম থীএ। লাইশাঙ্গুং ওইঙামলথগী মুমিৎ ৪নিদা মী ২ শিনা মীয়াম শোকনা ফাবা ঙমদরবদা ৫নি শুরকপা য়ুমশকৈশা মুমিৎ৩া নিংথৌ মহাক্কী তেল ৪না কাপ্তুনা কারকএ। ১৬নি লংমাইচিংদা বাকচিংগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা অবানা তুমু মৈ থারমএ হায়রুনা ইবুংশিজ বড়সেনাপতিনা ককচিং তাম্রা লান্দানবা চংএ। কাইরেন থাদি লংমাইচিংনা হুলএ। ৪নি য়ুমশকৈশদা ইবুংশিজ বড়সেনাপতিনা অবা লান্দানবা থুংলৈএ। ৮নি লংমাইচিংদা তুমু নিংথৌ চেল্লকপা থুংলৈএ। ১৩নি ঈরাইদা ইবুংঙোশিজ বড়সেনাপতিনা মথারম লামতানবা চংএ। ১৬নি নিং-থৌকাবদা কাইরেনগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ২৮নি ঈরাইদা মহারাজনা

অরা লান্দানবা চৎএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হুলএ। ৬নি লৈপাক-পোকপদা শোংগুক নিংথৌনা থুমথোং পল্লেন্দা মহারাজবু থুক্রমলৈএ। মচা লৈমম্বং কৎএ। ৭নি নিংথৌকাবদা তাংখুল হুন্দুং, ইথম মোম্বৌ মাখোয় অসি খৈবিকনা তুমুখোংদা লোই হাটৈএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা হুইনিং হাওনা চোইথরগী লালু ১ পুরক্কুনা মহারাজদা কৎলৈএ। অদু মুমিত্তা মহারাজনা অরা লান্দানবা থুংলএ। ১০নি শগোলসেন্দা শিজ সরোংখাইবীগী মচা শিজ য়াইমা না হুৎলে। অদু মুমিত্তা ডখেল লৈমগী মমা য়োকচা হিদাং নাই-ওইবী ডখেন্দগী থুংলৈএ। ১৬নি য়ুমশকৈশদা লমদাগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। অদু মুমিত্তা ইবুংঙো শিজ বড়সেনাপতি থুংলৈএ। ২০নি থাঙজদা শিজ লরোংখাইবী ডম্পাকলৈমা মহারাণী শিএ। মংলেন্দা পোংলোইএ। শক্তিনু থাদি য়ুমশকৈশনা হুলএ। ২নি শগোলসেন্দা অরোদগী আখাম চন্দ্র লৈমথুবী চেন্নকই। থানিন মেং য়ুমশকৈশদা থা শানা কংএ। ১৬নি শগোল-সেন্দা ইবুংশিজ চৌবজিৎ বৃন্দাবন চৎপা থুংলৈএ। মাইস্নাম পুঙথোনগী কুমদি শক ১৭২২। ১৭নি ঈরাইদা শক্তিফুগী পালোক ওইএ। থাশি নোং শগোল-সেন্দা লৈনুংদগী মুমিং শানা কংএ। কালেন থা ঈরাইনা হুলএ। ৮নি ঈরাইদা নিংথেমনা লানসোমনীদা লাই খুকস্বা চৎএ। অকোইজন অমু চোওথাংনব্বু থৌগন শোয হায়হুনা হসুন্দা থাইএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংঙা থাদি থাঙজনা হুলএ। ৫নি শগোলসেন্দা ইবেম্মা লাংপম চন্দ্র দেন্দযানি শিএ। ২২নি ঈরাইদা ইংঙাগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ইংডেন থা নিংথৌকাবনা হুলএ। অদু মুমিত্তা লাংথবাল্দা নিংথেমচিংনা যোইবু য়োইহৈ পুন্নমা হৈ চানবা চংএ। ৬নি য়ুমশকৈশদা থাংজম চন্দ্রবু মহারাণী হাপএ। কবোমদা পুংগ্রি চঙখিএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা মহারাজনচিংনা থাজদা হৈ চানবা চৎএ। ২০নি ঈরাইদা থুংলৈএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা ইংডেনগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। থবান থা লৈপাকপোকপনা হুলএ। ৬নি লংমাইচিংদা মহারাজনচিংনা ওকপাংঙো থমচেৎ চানৈএ। ৮নি লৈপাক-পোকপদা মহারাণী থাঙজবীনা মচা ইবুংঙো[1] অমা পোকএ। ১২নি থাঙজদা

১ মহারাণী থাঙজবীনা মচা ইবুংঙো ১ পোকএ—মচা ইবুংঙো চিত্রজিৎ. "শ্রীমতি থাংজম চন্দ্র বসবিকা মহারাণীনা ইবুংঙো চিত্রজিৎ পোকএ, ইবুংঙো চিত্রজিৎনা লাইখিকলেংবম চন্দ্র পায়হুনা মচা ইবুংঙো অমা পোকই।" —শজায় ফম্বা' ।

মৈদিংঙু লোইবেনখোম্বনা শুভ্র গোবিন্দগী মনাই, রামজি মনাই, মহাবলি মনাই মাখোয অসিগী বায়েনবু ঠাকুর নবানন্দদা যেন্নু হায়না পীখিএ। ২৫নি ঈঙাইদা থবানগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা মোংবিজমগী অঙাং অমবু যেংখোম গোপালনা হাৎএ হায়রুনা ইথাই ওইহল্লে। লাংবন থাদি শগোলসেন্না হল্লে। ২৭নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। অহু মুমিত্তা ইবুংশি খুচুং উবংপুবেনচিংখা ইরিন মক্কদা পানা ও মাকা বংলাগী উ য়ানবা চৎএ। মেরা থাদি ঈবাইনা হলএ। থানিন নোং শগোলসেন্দা থা শানা ষৎএ। ২২নি ঈঙাইদা লমলোংগেদা কৈ অমা ফাযএ। ২৭নি যুমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিযাঙ্গৈ থাদি লংমাইচিংনা হলএ। অহু মুমিত্তা ইবুংশি উবংপুবেন উ যানবা থুংলৈএ। চন্দ্রগী অকোইজম অমু বৌথৎলে। ৩নি লৈপাকপোকপদা সোংস্থব ( শংসোক ) লৈরা শিএ। ১০নি নিংথৌকাবদা হুইদ্রোম ম্বন খোঙাম পম্বা ২ মান। ঙৈরাদগী সনা তবংখোম্বা[1] মমা মচা লৌকবা থুংলৈএ। চন্দ্রগী মনাও খোঙাম মুকিন্দবু পুথৎলে। ১৯নি যুমশকৈশদা ইপি এনখোম্বানা মচা শিজ পোকএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা ঈশিং যামনা চাউএ। কে চাইহৈদা লাকএ। শঙ্গেনখো, মেগ্গাখোং ২মা তেকএ। ২৫নি যুমশকৈশদা লাই সনামহগী শামু শিএ। ২৭নি ঈঙাইদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। পোযহু থাদি নিংথৌকাবদা হলএ। ২০নি থাংজদা যুহাপাএ। ২৭নি থাঙজদা মৈতেংঙু লোইবেনখোম্বা নোংপাএ। ফম্বান্দা চহী ৩ পুন্সিদি চহী ৪৬ তনে। তাঙোম চন্দ্রমণিনুং শিএ।

৫৮

## মৈদিংঙু মধুচন্দ্র

অহু মুমিত্তা শ্রীমনাও ইবুংঙো মধুচন্দ্রনা[2] চহী ৩৬ তা নিংথৌ ওইএ। ২৮নি লংমাইচিংদা পোষ্মগী সংক্রান্তি হৌএ। মমাও ইবুংঙো চৌরজিৎপু যুবরাজ ওইহল্লে। মনাও ইবুংঙো মারজিৎপু সেনাপতি ওইহলএ। থাবচিং

---

১ সনা তবংখোম্বা—মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্রনা লাইরেনমমুম চৎ পায়দনা সনা তবংখোম্বা বাংলৈর ১৭ পোকই।

২ মধুচন্দ্র মহারাজ ( তমলেন খোম্বা ) — মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা মৈতৈরৈমা খমোইরোন ঙাম্বম চৎ মেতুলোইখোংগী লাইরেলমচেম্বী পায়রদুনা মধুচন্দ্র পোকই।

থাদি য়ুমশকৈশনা হলএ। ৩নি ঈরাইদা কবো খুনকোংময়ুমগী তুলসী বতনম'নি কৈরুংবা, মাইবম চক্রপানি হাজারি ওমানাচিংনা বংলাগী উখুল ফুকপা মুমিত্তা মী ৮ হাৎনৈএ। য়ুমনাম খেলেম্বা খোংদৌ, অহৈবা নরতোম, হৈথাম মংযাম্বা মচিন মনাও, খোংবানভাবম খেকলাউবা, অচৌইবম ওভি মচিনমনাও কোইচোম ৯মা তম্‌দা হাৎনৈএ। কবো গৌরমনিদি খুরাইলাকপা পন্দা হাৎনৈএ। মতুমচা পুম্নমাদি পানা লানমীবু য়োঙ্গহলএ। খুনকোং নযমদি কাক্তাদা কৈ ওইহলএ। ৯নি য়ুমশকৈশদা ইবুংশি বশোতাবনু মযাংলম থাজিনএ। ১১নি ঈরাইদা শবোখাইবা শেলুংবনা নিংথেম থৌখলদা খিবিকপু থৌখন হৈতে হায়না লোই থাইএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা রাবচিংগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ফাইয়েন থাদি শগোলসেম্বা হলএ। ৪নি লংম ইচিংদা মযাং লাইবার থুংলৈএ। ৭নি শগোলসেন্দা ইবুংশি খুচুং উবংপুরেন মযাং চঙখিএ। ১০নি ঈরাইদা ইপি কোনথাম হিদাকশুংবীনা মচা ইবুংঙো পোকএ। ২৩নি ঈরাইদা ইবুংশিজ জগদানন্দ হাওবম কৈরুংবা কুমুদানন্দগা ২মানাচিংনা চন্দ্রখোং শেম্বা হৌএ। ২৮নি য়ুমশকৈশদা যাইবেন্দগী সংক্রান্তি অহানবা হৌএ। লন্দা ৫াদি থাঙজনা হনএ। ১১নি ঈরাইদা বংলা হৌএ। ২৮নি শগোলসেন্দা লাংচগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৯নি ঈরাইদা সেকমাই খাগী মুপা ১না মমাকপা চাংলো হায়তনা মথুং শবএ। শজিবু থাদি নোংমাইজিংনা হলএ। ৫নি থাঙজদা ইবংঙোশিজ চৌরজিৎ যুবরাজনা নোংমৈ অযোংবা শাইএ। থাঙ্গা খুক্তাওগী কুমদি ১,২৫। ২৯নি লংমাইচিংদা শজিবুগী সংক্রান্তি ওই। অহু কুমিত্তা ময়াংলগী হুনাপা শেলুংবা থোকলকএ। থাশি নোং নিংথৌকাবদা শ্রীগোবিন্দগী ক. ইশাঙ মাঙোংদা ২মা শঙ্গায়এ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হলএ। ৬নি ঈরাইদা শিজ হাওবম চন্দ্র লুহোংএ। ১৭নি শগোলসেন্দা নৈদিংঙু উমঙ নখোম্বা চহী ৩০ তা মৈতৈ লৈমা হাওবম চন্দ্র য়াংলৈউঙ্গীগা ফম্বান কাএ। ২৬নি ঈরাইদা লৈমরোলহৌ কৈ অমা ফায়এ। থাশি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংগা থাদি য়ুমশকৈশনা হলএ। অহু কুমিংতা ইংগাগী সংক্রান্তি ওইএ। ৩নি ঈরাইদা ইবুংশিজ লৌকংপুরেমচিংবা তম্‌দা উরানবা[১] চৎএ। অহু কুমিত্তা ময়াংদগী ইবুংশি উবংপুরেনগা বামোন ঠাকুরনচিংবা লাইবাব থুংলৈএ। ৩নি নোংমাইজিংদা ময়াং লাইবাব ফম কাএ। ১৫নি ঈরাইদা লাঙ্গোলদগী উবাংলে।

১ উরানবা—উশিং শোবপা।

১৭নি নোংমাইজিংদা অঙৌপাম্বা পুম্বিংখোম্বগা[1] শিজ খুম্বাই লৈমা থাম্বাকওইগা অময়ক হুম্না ঙম্বাল কাহৌএ। ২৩নি ঈৱাইদা নিপা ৩না হুম্বানবা কাহুম্না নিপা ৩মক মখোং বক্তুনা লমখোং ৪মাতা ঘালএ। ইংজেন থাদি থাঙজনা হুলএ। ৪নি য়ুমশকৈশদা ইংজেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৪নি ঈবাইদা যুহাবাএ। ২০নি শগোলসেন্দা ফুমলৌদা ইবুংশি সেনাপতি চংনা কৈ ২ কাএ। থবান থাদি নিংথৌকাবনা হুলএ। ৬নি থাঙজদা থবানগী সংক্রান্তি ওই। ৮নি নিংথৌকাবদা বিষ্ণুপুরগী আগ্রাদা মহাপ্রভু থিনথৈএ। লাংবন থাদি য়ুম-শকৈশনা হুলএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওই। অত্থু মুমিত্তা ইবুংশিজ নোংথোনবা, ইবুংশিজ যাইস্কুল লাকপনচিংনা ময়াং লাইবাবগা ময়াং লৈমগী মনাই চেন্নকপা থৈবিকন্থ লোয়ননা চঙখিএ। ২৯নি লৈপাক-পোকপদা ময়া লাইবাব থুংলৈএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না হুলএ। ৫নি নিংথৌকাবদা ময়াং লাইবাব ফম কাযএ। ৯নি ঈবাইদা মেরাগী সংক্রান্তি ওই। ১৩নি নিংথৌকাবদা নাহাকপ খাবমনা উনাংপাই খোম্বা চংএ। ১৬নি শগোলসেন্দা ইবুংশিজ থাংথৈবাকপগী মতু ইপি মোইশাংথেম চম্নু শিএ। অত্থু মুমিত্তা ময়াং লাইবাব খুইস্লাম্নুং চঙখিএ। ১৯নি নোংমাইজিংদা নাহাকপ খাবম্না উরাংপাই খোম্বা থুংলৈএ। অত্থু মুমিত্তা যুহাবাএ। হিয়াংগৈ থাদি থাঙজনা হুলএ। ৩নি নিংথৌকাবদা ইবুংশিজ তুলজিংনা বৃন্দাবন য়ৌগে হাযনা চঙখিএ। ১০নি নোংমাইজিংদা হিয়াংগৈগী সংক্রান্তি ওই। ১৫নি য়ুমশকৈশদা কৌক্রদগী শামু অমা যাবকএ। ১৬নি থাঙজদা খাবমগী কৈকংবা অহল থোকচোম নবো, নাহাবপকী বৈবংবা অহল ভেনগুপ্ত নিমাই ২মানাচিংনা খাগী চপোই থুনৌ-থুলেন মাবা চংএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা থুংলৈএ। থুনৌগী থেম্পুনং থুলেনগী লাওরানং ২মানাচিংনা ৮৫ কারবএ। ১৯নি লৈ-পাকপোকপদা ইবুংশিজ মারজিং বৃন্দাবন চঙখিএ। পোযত্থু থাদি নোংমাইজিংনা হুলএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা গুরু মধু ঠাকুর অদ্বৈতানন্দনা মত মচা য়াওনা গঙ্গা চঙখিএ। ৫নি শগোলসেন্দা বাথাদগী কৈ ৩ কাএ। ৯নি নিংথৌকাবদা পোয়ত্থুগী সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা নিংথৌশেনবা ৪গা লম্বোইবা কি শেত্তবা ১গা থুংলএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা ম্লাম্বেম লাইবা থাংজম বোইবেং ২মানা নিংথৌশেমগে ভৌই হায়ত্থুনা হংনবব কোইরেংনা ভৌএ

১ অঙৌপাম্বা পুম্বিংখোম্বা— অঙৌপাম্বা লোইখোম্বনা কোজম চহ পায়ত্থুনা অঙৌ-পাম্বা পুম্বিংখোম্বা পোকই।

হায়এ। লাইবনা তৌজে হায়এ। ২মাবু সাক্ষি তৌহল্লে। লাইবনা চুমএ। কোইরেংদি মচিন থী হায়দুনা ইথাইদা থাইএ। থাশি নোং নিংথৌকাবদা তাকনাদগী কৈ ৩ কায়এ। বাকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হলএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। কাইরেন থাদি যুমশকৈশনা হলএ। ৯নি শগোলসেন্দা কাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থাদি ঈরাইনা হলএ। ৯নি থাঙজদা লমদাগী সংক্রান্তি ওই। ২২নি ঈরাইদা ময়াং বড মন্ত্রি বডসায়েব, হীদাকফু কানবা হিদং ৩মানাচিংনা মী ২৭৫ লেপ্পনা শিজ ময়াং লৈমগী ঙা পুবা থুংলৈএ। ২৪নি নোংমাইজিংদা থাঙশাবা কন্তান শিএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা শিংগী ঙা পুএ। শজিবু থাদি থাঙজনা হলএ। ৯নি নোংমাইজিংদা কুম লোইএ। লাইশ্রম অচৌ সিংহগী কুমদি শক ১৭২৪। ১০নি নিংথৌকাবদা শজিবুগী পালোক ওইএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা শিজ ময়াং লৈমা চডশিএ। কৈথেন্দা শেল চাইনমএ। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা হলএ। ১০নি যুমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ইংঙা থাদি লৈপাকপোকপনা হলএ। ১০নি ঈরাই কুমিংকী অহিংদা হুতারাএ। ১২নি লংমাইচিংদা ইংঙাগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ২১নি নিংথৌকাবদা শিজ গুরু মধুম ংবীগা ময়াং লাইনাপ লোয়নবা তীর্থ চৎপা থুংলৈএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা ময়াং লৈমনাইনা খুলবু ংংলে হায়দুনা মী ২ তাংএ। ইংঙেন থাদি শগোলসেন্না হলএ। ১৫নি শগোলসেন্দা ইংঙেনগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। অদু মুমিংতা ইবুংঙো শিজ দাংখৈরাকপগী মনাইবু অডোমগী মনাই অমনা থাঙনা যাল্লে হায়দুনা তাংখৈনএ। থরান থাদি ঈরাইনা হলএ। ৪নি নিংথৌকাবদা মৈদিংঙু লোইরেনখোম্বগী[1] মচা ইবুংঙো যৈরাবগা, হাংবম নোংথোমবগা শিজ ময়াং লৈমা থিল্লবা থুংলৈএ। অদু মুমিংতা গুরু মস্ত ঠাকুর তীর্থ চৎপা থুংলৈএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা থরানগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। থাশি মোং থাঙজদা সূর্য্যগ্রহণ তৌএ। লাংবন থাদি লংমাইচিংনা হলএ। ১৯নি যুমশকৈশদা চন্দ্রথোংগা নিংঙেনগা নাহা অহল মুমবু নিংঙেম্মা হলএ হায়দুনা শ্রীপঞ্চযুক্ত মহারাজনা বাহেংবা বৃন্দাবন, এলখোম কৌবাং শেলুংকা ২মাদা হায়খোক্লুনা চৈথারোলদা চলহলএ। ২০নি শগোলসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি অচানবা ওইএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা হাওবম শিজমধুং খেমানন্দনা শিলোত্তগী থুংলৈএ। অদু হুমিত্তা কুমাবমগী মাই ১না মথেম্মা হাংএ হায়দুনা হোইত্রাওবীদা হাংনৈএ। ২৬নি যুমশকৈশদা

১ মৈদিংঙু লোইরেনখোম্বা—মহারাজ লাবণ্যচন্দ্র।

ইবেম্মা মোংথোনবীমা মচা ইবুংঙো পোকএ। মেরা থাদি নিংথৌকাবনা হলএ। ৫নি থাঙজদা ইবুংঙোশিজ চৌরজিৎ যুবরাজ ময়াংলম চঙখিএ। ২০নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি য়ুমশকৈশনা হলএ। ২০নি লংমাইচিংদা গুরু মশু ঠাকুর থোকচাও কৈরুংবা ২মা ইবুংঙোশিজ যুবরাজ থামলুবা খুংলৈএ। পোয়ন্থু থাদি ঈবাইনা হলএ। ৮নি শগোলসেন্দা ইরোম লসমোম্না মচা মকোক অমদা হকচাং ২ লোঙবা মখুৎ মখোঙ ৪ পানবা ১ পোকএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা পোয়ন্থুগী সংক্রান্তি ওইএ। বাবচিং থাদি থাঙজনা হলএ। ২০নি শগোলশেন্দা য়াবচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ফাইরেন থাদি নিংথৌকাবনা হলএ। ১৯নি ঈবাইদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থাদি লৈপাকপোকপনা হলএ। ৬নি শগোলসেন্দা চেকশাবা হৌএ। ২০নি লংমাইচিংদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। অহু হুমিত্তা করো গদাধরনু শ্রীপঞ্চযুক্ত জয়সিংহ মহারাজনা সেকমাই মুঙাগী কুমদা[1] খুৎ বোকপিরবনু মচা ইঘুংঙো মহারাজ হাক্তক্তা খুংনা বাহৌবনু ইপা ইবুংঙোগী সনা যাথং হোংফঙ্গে ইএ হাযত্রনা চৈথাবোম্দা চলহলএ। শজিবু থা য়ুমশকৈশনা হলএ। নিনি শগোল-সেন্দা পোংঙম্বা হীদাকফু কানবা হজ্জনগী মচা নুপী গী মকপ্থ। হেত্তান পেল'০ন্দবু মনাইনা হাত্তুনা তুবেন্দা চম্থমএ। ৮নি য়ুমশকৈশদা মনাই নীহাৎপা ২ম বু শনশেনথোংদা মমিং ২মা হনথোকএ। পোংঙম্বদি মফম থাএ। মহাক্কসু প্রায়শ্চিৎ তৌএ। মচা নুপীদি শঙশাং ওইহলএ। মনাই ১দি ইথাই ওইহলএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থা ঈরাইনা হলএ। এংথোম খুঙমগী কুমদি শক ১৭২৫। ২০নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন থাদি ঈবাইনা হলএ। অহু হুমিত্তা লাংথবান বোম্বুং অহনবগী পুত্রী তৌবা চৌএ। ৭নি শগোলসেন্দা চেক্কী করাইকোন বোয়রব ত্ত্ হৈএ। ২২নি ঈরাইদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইংঙা থাদি লংমাইচিংনা হলএ। ২নিন্থু পাল্লে। ৮নি লংমাইচিংদা থোঙ্গাং লৈমা ফংলৈএ। ২০নি ঈরাইদা ইবুংশিজ থাবা মাইস্থল লাকপগা মযাং মাইবারগা লোয়ননা থুংলৈএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা ইংঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইংগেন থাদি নিংথৌকাবনা হলএ। ২৬নি ঈবাইদা ইংগেনগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। থবান থাদি লৈপাক-পোকপনা হলএ। ৮নি য়ুমশকৈশদা শেক্তাদা কৈ ৬ কাযএ। ২৯নি লৈপাক-পোকপদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাদি সগোলসেম্না হলএ। ১৬নি

[1] সেকমাই মুঙাগী কুম—শক ১৬৯৯।

অহন্‌প লোয়শঙ হোৌএ। ২৬নি শগোলসেন্দা লাইশঙ নবরত্ন কৌবা ১ হোৌএ। অতু মুমিত্তা শ্রীযুক্ত ফালোক রাইবং পামহৈবা[1] সনা য়াথং ঐগী য়া হাজক অসি মখেং চৈথারোল চাউমল্লে মতুপ ১ ওইনা ইরো হায়না পাজি ঠাকুর কৃষ্ণানন্দ, অঙোমচা বীবমনি ২মক্তা হায়খোকএ। ২৯নি লংমাইচিংদা যুমমাম মোইবুংলোকপমগী নাহা অমা খোঙকেন্নবদা[2] শিএ। লমদা থা ২ শুইএ। অকোনবা লমদা থা নিংথৌকাবনা হনএ। অতু মুমিত্তা লমদাগী সংক্রান্তি হোৌএ। ৫নি ঈবাইদা ছইরোংবা দশনন্দদা মহারাজনা হায়খোক্‌না চিনি অঙৌবা থোকএ। ১৭নি যুমশকৈশদা মহারাজ কুমহৃনা অহন্‌প লোযশঙ শঙকাযএ। ২১নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা চিংথাং খুকন্বা চংলে। ইরোম কোইবগী কুমদি শক ১৭২৬ শজিবু থাদি যুমশকৈশনা হলএ। অতু মুমিত্তা শজিবুগী পালোকন্থ ওইএ। নিনি শগোলসেন্দা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। ৩নি ঈরাইদা লাইশঙ নবরত্ন শঙ্কায়এ। ৫নি থাঙজদা পুকম হাওচোংবু চিবাংদা লৈহল্লে। ১২নি থাঙজদা শামুপন থোমথৎএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা শামুপন হুজবা মতু মচা য়াওনা শোইচেপ কমেংদা থাইএ। মচাদি ককচিংদা থাইএ। অতু মুমিত্তা বামোন মনাই বৃপানা মন্নাংদগী লৌওংগে লাকপনু হাওবমগী অভিরামনা তাক্লহৃনা অঙোম তুলসীমনিনা শঙশায়ে'ই খুৎওইননা কাযএ। ১৭নি ঈবাইদা হাওবম শিজপা[3] নোংথোনবনু মৈদা সাক্ষি তৌহলএ। চাবতে। ১৮নি থাঙজদা বামোন মনাই বৃপাবু শনসেনথোংগী থোংজিন্দা মথোঙ ককএ। বৃপা মতু মরা ২মাবু তুযা্‌দা থাইএ। নোংইবাংময়মগা দয়াদি ককচিং খুলেন্দা থাযএ। লৈমপোকপম চন্দ্রদি খুনৌদা থাইএ। ২৪নি ঈবাইদা মহারাজ য়াওনা চতু্‌না উরুপ্তা কৈ ২ কায়এ। নোংমা থাঙজদা মহারাজ থোক্‌না মোইবাম্বা কৈথেন্দা কৈযাং থেকএ। কৈথিনবৈএ। কালেন থাদি শগোলসেম্না হলএ। ৩নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি অহামবা ওইএ। ৫নি নিংথৌকাবদা মৈদিংঙু তমলেনখোম্বনা[4] ময়াংদগী তজ্ঞা থোংনাংনচিংনা তেলংকাগা লোযননা লান হোৌবকএ হাযবা পাউ তাএ। ৭নি যুমশকৈশদা ফু্‌রিং-শাবা খুন্নাক লু্‌পলাকপনা নিংথৌশেনবনু যৈএ হাযহৃনা ইহারাইদা থাইএ।

---

১ ফালোক রাইবং পামহৈবা—চৌরজিৎ মহারাজ।

২ খোঙকেন্নবদা—চায়নবদা।

৩ শিজপা—মহারাণীগী মপাবুং।

৪ মৈদিংঙু তমলেনখোম্বা—মহারাজ মধুচন্দ্র।

১২নি নিংথৌকাবদা শ্রীপঞ্চযুক্ত চৌরজিৎ সিংহ মহারাজনা মনাও ইবুংশিজ মার্জিৎ যুবরাজগা লোয়ননা শ্রীগোবিন্দজীগী মাংগ্রোপ্তা যাত্রা চৌএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনা হিয়াংথাং লাইরেম্বমা লেক্নুা যজ্ঞ তৌরমএ। মনাও ইবুংঙো যুবরাজদি পানা ৭ মাগী লক্ষ্মীগা লোয়নন্যা ময়াং কৈনোদা তেংগোল শাডমএ। ১৫নি য়ুমশকৈশদা মৈতেংঙু ভমলেনখোম্বু শামুপদ যৌবকলে হায়না পাউ তাকনা মহারাজগী ময়াং কৈমৌ তাম্না ভম্না লানইংএ। ময়াং কৈনৌদগী মনাও ইবুংঙো যুবরাজগা লোয়নন্যা শামুপংগী যুদ্ধতা চংশিনবা শোকক্লইএ। য়ুথক অনা শোকখ্রেএ। মৈতেংঙু ভমলেনখোম্বদি লানফমদা শিএ। ইবুংঙো মদনশাহিজুং শিএ। ময়াংগী লাখিংবা ভক্তা থোংনাং, ভেলংবাগী বলরাম সিংহ ২মনাচিংনা লান অশিনা ১০০ মচতুবা ৬০০ তুপ্পা ৭০০ যাএ। শেনগী বামন ১ য়োংশৌ বানার ১ রামচন্দ্রগী ১০ পুন্দাং ১৪৮ কবাক থাও ১০০ চুংলাই ১০০ অসি লোকপৌএ। ২২নি শগোলসেন্দা শগোল বণজিৎ অভিষেক তৌএ। ২৬নি থাংজম্দা খিগোম মুংশিনচিংনা নিংথৌশেনবা গগা লোয়নন্যা ময়াংদা লাইবার চংলমএ। ইচা থাদি থাডজনা ২নি পাএ। ৮নি য়ুমশকৈশদা ইভাগী সংক্রান্তি ভাগবত ওইএ। ২০নি শগোলসেন্দা বাংশানগা উত্রাগা ২মা হৌএ। ২১নি ইবাইহল ভয়োমচা লৈরমশিনা কবো খুন শেম্না চংএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা উত্রা মমাংদা লোংশা শাএ। ইঙেন থাদি লংমাইজিংনা ভলএ। নিনি নিংথৌকাবদা যুবনাম অনৌবগা যুংগানাইগা ২মানা অতোম তুলসীমণি লমনাম বলবান ২মানচিংনা শা উত্রা মমাংদগী হৌনা মখোং ফাওনা হৈনৌ থাএ। পানা ৪ মানা মখোংদগী কৈথেল কাংনা খোংনাং থাএ। ৮নি নোংমাইজিংদা ইঙেনগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ১৩নি য়ুমশকৈশদা খিগোম নিবক্তন ঠৈনমাই যৌমশংবা হনবনা মমা য়ৈএ হায়দুনা ইহাবাই থাইএ। ১৫নি ঈরাইদা উত্রা শভকায়এ। পূর্ণিমা লংমাইচিংদা চন্দ্রগ্রহণ তৌএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা বাইভোমা কৈ ১ ফারকএ। ২৮নি য়ুমশকৈশদা গুণনা কৈ অমা যাংনএ। ২৯নি থাংজদা ময়াং লৈমনাইনা কৈ ৩ ফারকএ। থবান থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২নি লৈপাকপোকপদা মতৈমা শিজদগী শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রবু হুইনিং হাওনা হুখিএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা অবাদগী মী চেল্লকপা থুংলৈএ। ৯নি য়ুমশকৈশদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৩নি লংমাইজিংদা হুইনিং হাওনা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রবু পুখক্নুা কংলৈএ। ২১নি নিংথৌকাবদা বামোন শ্যামসুন্দরগা ব্রজমুহনগা

চৌহিংলমগাই চৌহিংলাখল, আকপী থামং চেয়েংসংহোম, সেবেসানপোং কোন্দোংগী থামুং শাংভি ভাখন সেম্পা মংসাগী থামুং চৌহাইকং, চৌনাইগী থামুং উকভানা, চৌহাইং লাসাই, শেংভুগনিস্তং চৌহিংমোকেম, সেকমুগী থামুং ২মা পনশাগী ভাখন, চেবে, মানিংপী কম্লাইতুম, ঈতুপকী কানহাই ওক্কেংগী চৌহাই লাবাথোন চেবে থুঙং ১১মা তাংসিবু চহী ৪১ তুনা লোই হাদনবু মৈদিংঙু বাইবং[1] পামহৈবগী সনা হাংক্তা সনা দুপানচিংনা লোইহাপোং পুম্নমা পুবক্কনা[2] লাকখোংদা থুকংহনা লৈতে ভাবৈএ। অসিগীদমক অঙোমচা বীরমণিবু লমচাহন্নে। ৯নি ঈবাইগী ইবুংভা শিজ যুবরাজ মাচিংকা খোকচোম চন্দ্র অবে্যবা ভম্পাংলমগা। ১০নবু মহারাজনা কোন্নুংদা পখল্লনা ন্যুহাংলৈএ। ভম্না থিনবৈএ। ১০নি থাতচদা [3]অঙোম নিংথৌ পুরিংখোম্বা নোংগাযএ। ১২নি নিংথৌকাবদা ফাইবেনগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ ২০নি নিংথৌকাবদা লাংশঙ মযম সানা ৫।৫ নোং ২নাদা বুড় শেনএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা খোনচাও থাম্ম কাকপনা মযাং লম্ফৌ শেম্বা চংএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা গুরু মণ্ডু ঠাকুরগী মচা পুর্ণধরনা [4]মৈদিংঙু উমলেন খোম্বাগী মচা শিজ ভুবনহল্লপিবু হুৎনা ময়াং নিংথৌনাইদা পুখিএ। ২৯নি শংগোলসেন্দ কবো বিদায় ভৌএ। লমদা থাদি থাংচনা চলএ। ৫নি নিংথৌকাবদা শংগোলশঙ হৌএ। ৮নি ঈরাইদা [5]অঙোম মচা বীরমণি শেলুংবু অঙোম নিংথৌ ওইহন্নে। অহুম্নি-কুম্না লাইবিরবোংবা ভথেলচংনা অ্যানগী ৫।ই মাতংদা থডএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা লমদাগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ১৮নি লংনাইছিংদা গুরু মণ্ডু ঠাকুর অমুবানন্দনা বাইখোংদা মহাক্কী থুমখোং চৌকৈএ। যুবরাজ শাক্তংচম্বা শেলুং বু মহারাজনা পীহনা সেকমাই কৈরোম থুংওইননা থুমখোং

---

১। মৈদিংঙু বাইবং পামহৈবা—মহারাজ চৌরজিৎ।

২। লাকখোং—মৈতৈগী সনা বোঙ্গ ১৮৮৫দা কৈথেল, ১৮ম অং—দাংহতোনগী হোগায়বা খোদংগী মখক ভাংচেং পুঠাগী মথা ওয়ংদা কৈরা মফম অমা।

৩। অঙোম নিংথৌ পুরিং খোম্বা—অঙোপাবা লোইখোম্বনা বোনময় চন্দ্র পাম্বহনা পুরিংখোম্বা পোকই।

৪। মৈদিংঙু উমলেন খোম্বা—মহারাজ মধুচন্দ্র।

৫। অঙোমচা বারমণি—অঙোপাবা পুরিংখোম্বনা বাংলৈখোকপম চন্দ্র কংশোংগী পামহনা বীরমণিনে ঠেমমণিনে বামমণিনে মচা নিপা অহম পোকই। অহনবা অঙোম নিংথৌ ওইখি।

চিংহূনা হুকপীবমএ। ২১নি শগোলসেন্দা মযাং লাইবার বিদায তৌএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা থোকচোম হাজাবি ললহাম্ববু মযাংগা লোয়ননা লাইবার চংহনএ। ইবুংশিজ নন্দহং যম্বাবা নাবগী লাইযম থিবিক্তা সনা লুপা তাংখা যেনবা চংহনএ। ১৬নি লৈপাক্পা কপদা তৌশাং, কুংনাং, খুনচবোং খুম্নৌ, উকোকলোম, এমলে ক, কন্দিবোল, মঙ তাই খোংসাংখুল হাও খুঙং ৮ মানা লোই হাগে হাযহূনা মহারাজব্ পুকমলৈএ। ২৮নি ঈরাইদা মহারাজনা চেংজাইদা ঈরুম্বা চংপদা ইবিন্দা শাংগী তায় চেপথৈএ। মহারাজনা শরুমদা চাংখগুনা তায চেপথিবব্ চিংথংলোএ। শামু শেনবা হিদং লাইশ্রবা খুৎলোং নযন থাযএ। থাশি নোং থাঙজদা পুশ্রনবম নাইহৈবী হিক শঙ হঙবী শিএ। কালেন থাদি লংমাইচিং না হলএ। ২নি নিংথৌবাবদা শাংপা কপা লাইফম লাকপা, থোকচোম নব থাপম লাকপা ২মানাচিংনা হমু ইঙৌ খুৎওইনহূনা মযুম গুগী চিযাং চিংবা চংএ। ১৩নি শগোলসেন্দা বুম লোইএ। মোইরাং পাঙাহংগা পুনদি শক ১৫২৭ চন্দ্রাব্দ ১০১৭। ১৪নি ঈরাইদা শচিকোযগী কাক ওইএ। অহু মুমিংতা অহল্লুপ লাইযমগী চিযাং চিংবা থুংলৈএ। ১৫নি থাংজদা শচিযোবগী সংক্রান্তি ওহানবা ওইএ। অহু মুমিংতা নাহাকপ খাফনগী চিযাং চিংবা থুংলৈএ। ভম্পাবযুমদহং মহারাজ মহারাণীনচিংনা মাইপু লোইহৈ পুম্নমা শঙ্কুল বসন্তরাস তৌএ। ওমা শঙকাপীরম্মে। নোংতংবা। ২৫নি যুমশকৈশদা [1]ইবুংঙোশিজ প্রসাদ চুডাকরণ তৌএ। অহু মুমিংতা পুরুমগী মন্ডপদা যুথক ২বক য়ৈএ হাযতুনা [2]মাইবা তানপু জগংদা যুথক লাওগএ। অহু মুমিংতা মোংবাহনবগী উচাউ অমম্ব তেকএ। ২৭নি ঈরাইদা ওহেন লাইবাব থুংলৈএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হলএ। ২নি যুমশকৈশদা চোংথাপ খম্বা বৌবা যুম্বী ৮৪ ভুবা শঙ হৌএ। যুমচাউম্ব নগাং নগাউ [3]কিযোং হাপএ। অহু মুমিংতা কতাম লবংকবী মচা থেমম্বিপু কোম্বুংদা থিনথংএ। ৬নি শগোলসেন্দা মৈতিংঙু রাইরং পামহৈবগা লাইশ্রম চনু লৈমাখুবীগা লুহোংএ। ১৩নি থাঙজদা শগোলশঙ শঙকায়ে। ১৫নি নিংথৌকাবদা কালেনগী স ক্রান্তি অহানবা ওইএ। অহু মুমিংতা মৈতিংঙু

---

১। ইবুংঙোশিজ প্রসাদ—মৈদিংঙু চৌরজিৎ মহারাজনা মহারাণী লাইশ্রম চহূদা প্রয়াহল প্রসাদশিং পোকই। ঊ তাদে।

২। মাইবা তান—তানমৈবা লোয়নভ।

৩। কিয়োং হাপ্পা—মাকাবী হাপ্পা।

বাইরং পামহৈবগা মৈতৈলৈমা থোংনাং লাম্বীনচিংনা য়োইপু য়োইহৈ অয়াম্বগা লাংথবান্দা কুমহুনা কীর্ত্তন তৌএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা শিজ ভাংবম ওঁবী শিএ। ২৫নি ঈরাইদা চকপী ঈশিংনা শুথংলকপবু লিম্লোং য়ৌএ। থাশি লৈপাকপোকপদা মরাংচিং হাওনা উচেক লাংমৈ কংলৈএ। মৈতেংগু বাইবং পামহৈবনা মতু মরা তিরকম্বুনো হায়না সনা লুপা শিবিহুনা থাথোকপিংএ। ইভা থাদি য়ুমশকৈশনা হলএ। অহু মুমিত্তা শামু মম্নাগী ফকশাবা ভমএ। ৩নি ঈরাইভা থোকচাও লনহামপা ফুংকানাই হাজাবি ময়াং লাইশাব ২৫পা থুংলৈএ। ৮নি য়ুমশকৈশদা অবানা কবো ইতুপ থোমখিএ হাযপা পাউ তহুনা ১০নি ঈরাইতা ইপুংগু শিচা মারজিৎ য়ুবরাজ অডৌপামপা বীরমণি ২৫ানা অরা লান তানপা চংখিএ। ১২নি লংমাইচিংতা য়ুহাবাএ। ১৬নি শগোলসেম্বা ইভাগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ২৫নি শকোনসেনতা ঈশিং চাউএ। তুংবল অমনপা নমথায়তুনা শগোলশঙ থুমএ। ২৬নি লংমাইচিংতা লাম্মীকা নিংথৌ-শেনপকা হিয়াং নায়এ। নিংথৌশেনপনা ভমএ। অহু মুমিংতা ইপুংগু শিচা য়ুবরাজনা অরা লান তানপা থুংলৈএ। মবিং লমম্রেপুং হাৎপু থোনলকুনা পাবেং পোকপি চীংতা থুন শেমপিবমএ। শেনপুং শেনমন হামেং শনত' পুথম অসি থৈপিক লোই হারকএ। ২৭নি নিংথৌকাবতা নোংচুপ লমকী লৌংথোক লমদা কুম্নাক য়ামনা পাইএ। মুমিং ৩নি পাইএ। অহু মুমিত্তা পাংকাগা শগোলশঙগা হিয়াং নাযএ। পালানা ভমএ। ১৯নি য়ুমশকৈশদা অম্ভপানবা বীরমণি থুংলৈএ। অহু মুমিত্তা লম্মেপুংনা উম্লাদা মৈতেংগু বাইবং পামহৈপপু থুকমলৈএ। ইভেন থাদি ঈবাইনা হলএ ২নি পালএ। ১৮নি নিংথৌকাপতা ইঙেনকী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ২২নি ঈরাইদা শেনসাপা আসাবাম শিলোং চঙপা থুংলৈএ। ২৭নি লৈপাকপোকপতা শিজ চিংডাখম ৫ংবী শিএ। থবান থাতি থাঙজনা হলএ। অহু মুমিত্তগী হৌনা চহী অহু থুম ১দা শেল ১ পীএ। ৯নি লংমাইচিংদা মোইরাং প্রেমনা তখেন ময়াং ২০০ তেনকাপ্পা ৮ লোয়ননা কারো' থুমতুংবা চংএ। ১৫নি থাঙজদা আরাম্বা তাম্রধ্বজ পোংশংবা হনচগাপু মৈতেংগু বাইবং পামহৈপানা জয় নগরদা কৈথেন শেমপা চংহনএ। ১৮নি লৈপাকপোকপতা মৈতেংগু বাইবং পামহৈপানা অহিং হিয়াং শাল্লকপাতা সারোংকাইপা শংকোম মাইপা হনপকী মচা মুপী ১ হিভা হাপ্তনা পুরকএ। ২০নি শকোনসেনতা থবানকী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। অহু মুমিত্তা মৈতেংগু বাইবং পামহৈপানা ইপুংগু মুচুকুন্দ শামু শেনপা হঞ্জপাপু

কোইবেংকৈত্তা কৈথেল শেম্পা চংহনএ। ২৩নি লংমাইচিংতা সনা য়াথংনা য়থোঙ অরাংথোঙ খাকীথোঙ ওমাতা তুকান লিংহনএ। চন্দ্রখোংয় ঈচম চঙএ হায়তুনা পানা ৪মাগী লান্মীপুন্নং থুনখংপা চংহনএ। লাইঙপা মণিরাম থোং হৃক্পপুন্নং নিঙেনতা তুকান লিংহনলুইএ। লাংবন থাতি লংমাইচিংনা হনএ। ২১নি লংমাইচিংতা লাংপনকী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ২৬নি শকোনসেম্বা নিত্যাই প্রভুবু মহারাজনা খুঙ্গদা তুলসীগী নির্মাল্য পবেং তারকএ। ২৭নি ঈরাইংতা ময়াং পোমলোপা ১০৭ মাপু ককচিংদা থুন লিংহলএ। ২৮নি থাঙজদা হীদাকখুংবা শঙলাকপা শ্রীরাম মচা হক্ববা জয়রাম হনচপা ময়ুমপু পানা লাইকম থোকহনএ। মেবা থাতি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৩নি লংমাইচিংতা সৌপাম চান্দনা তেনখুবা নিমাই কৈকংপাকি মনাই ময়াং শ্যামহরিপু চন্দ্রখোং তান্না পুখিতুনা দেবশাইনে মীরৈপাক্তগী থোকলকএ নিংথৌ ওইহনসে হায়না পানা ৪ মাকি লাম্মী থেমলুতুনা খোঙচোম ভগ্য হাজারি থিয়াম লাবা সম্বান ২নাপু হাংলমএ। মৈতেংচু, রাইরং পানহৈপনা কারোং লম য়েংক হায়তুনা রাহেংবা চন্দ্র কৈকংবনা ফকপুং তংথম কৈবোইকা শঙ শাত্তুনা লৈভম্বা পুয়মকন্থু থোমলতুনা নিংথৌ শেমকে কানপএ। যাইবিপোক্তা হিরুপম হাওপা থোং পেনলুংপন্নং হাংলমএ। তেনখুবম নিমাই কৈরুংপানা চন্দ্রখোংতা চংখিপপু ভাবংঘান চীংখাং পোইরৌ মপানতা একনতুনা হাংলমএ। হরাইপা মুকুন্দতি থোংকাবাংশিত হাংলমএ। যাচংপগী য়ুথক মতুং পুং ২ তা থুংলৈএ। খাগী থোং লৈশান চিথেনতা খংস্থ খুংলাই থোকনা হাংলৈএ। লাইশ্রম কোংযামপা খাইয়াম পিহংরি মথেংপা কপানন্দ সেকমাই খাকি অভিরাম খেল্লেমপা ৫ মতি কানয়া পান্দুনা লিএ। সেকমাইকি ২মাতি ঈশিংদা তাউথখিএ। সৌপাম চান্দ ময়াং শ্যামহরি ২মদি চেনখিএ। পানা ৪ মাকি লাম্মীন্নং কায়খিএ। ১৮নি ঈবাইদা ময়াং শ্যামহরিতি ময়াং লৈমনাইতকি ফাংবতুনা লিলোংকী তেরা মখোঙদা হাংএ। সৌপাম চান্দদি ময়াং নিংথৌনাইতকী কারক্তুনা শুগ্দা য়োংহিং খাংহুনা থমএ। ইপুংশি জয়মুং নিংথৌশেম্বা য়াওই হায়তুনা সোইসেপ কমেংতা থাইএ। কোম্বোচম মুপা, পারা কৈপিরাম, ক্যামপা, মাইবম নবশ্যাম সম্বান ওইনাম নানবা সেকমাই নব ওইনাম লাইপা শাংপম হোংপা ৮ মাস্ত্র শুগ্দা থাইএ। নোংথোনবা কৈঙম য়ুমনাম অরাংকী মায়চৌ, ওইনাম অরাংকী মুরারী, ওইনাম শওমপুংকী পুকচাও, মাইপম গৌরশ্যাম ৫ মতি রাইকোক্তা থাইএ। ইবোম মুকুন্দ, চিঙথম মোনশাং পেবম হবি ৩মদি সেকমাই অরাংদা থাইএ।

লৈমপোকপা শ্যামহবি থোকনাউচম পুন্সি বাহেংপা অসোং বৈথেলাকপা সংকা মাইসনাম শ্যামরাম ৫ মক্তি লৈশাংখোংদা থাইএ। থাংয়েনপম মুবানীদি বাঙুদা থাইএ। থৌনাউচম খোইপতি চাইরেনতা থাইএ। লাইবেক্পম শ্যামপেংতি খরিখুনতা থাইএ। নামৈবাকপম কৌবতি হংখুনতা থাইএ। থোকচোম বাসিতি সগাইপবৌতা থাইএ। তেনলি কুনচা সেকমাই নাবায়ং, কাপাচম খুলিং হুইতোন পোকপী লোইচা ৪ মাতি সোইসেপ কমেংদা থাইএ। কলো সৌযাম অমু লাইশ্রবা ২ মাদি থামবত্তা থাইএ। লাম্মী পুম্মনমতা লৌমী ওইহনখ্রে। ২৪নি য়ুমশকৈশদা মেবাগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ২৬নি ঈরাইদা অহোংশাংবা শেলুংবা ময়াং চঙবা থুংলৈএ। ১৮নি নোংমাইচিংদা শিজা চন্দ্রপোললি শিএ। তিয়াক্ত থাদি য়ুমশকৈশনা হলএ। ৫নি নোংমাইচিংদা ঈপি লাইশ্রপী নাকংবী শিএ। ১৫নি শগোলসেন্দা চৌবা শথংশ নৗয়ৈএ। শ্রীগোবিন্দজী যাওনা বাস শান্নৈএ। ২৪নি ঈরাইদা হিয়া লৈগী সগোল ওইএ। অদু মুমিত্তা মৈদিংঙু বাইবং পামহৈবনা যুমনাপা শাচুংচন্দ চচং বু কুবালাদা কৈ কাবা চংহলএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা কৈ ৬চংবু ৬ তনিবা ১ কাবক্কুনা মৈদিংঙু বাইবং পামহৈবনা ৬চঙবা ওমদি মায়াক অচম্বা লৌংউ ভাকনৈ। পোয়মু থাদি ঈনাইনা হলএ। ২নি থাঙজদা শিজ্র লংগাপ ওংবী শিএ। অদু মুমিত্তা ইপুংশি থাপনপম্বং শিএ। ২৪নি পাঙজদা পোয়গী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। বাকচি থাদি লংমাইচিংনা হলএ। ১নি লংমাই খোকাবদা হোংতুং (হুন্দুং) খুম্নাবপা যম কাযএ ৮নি লংমাইচিংদা মহা জনা পামোন যেবানন্দ বাবা মপা মচাবু শিব লিঙ্গ পুতুনা মোইবাংদা থমহলএ। ১৪নি থাঙজদা চন্দ্রগ্রহণ তৌএ। ২৩নি নোংমাইজিংদা বাকচিংগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। কাইবেন থাদি নিংথৌকাবনা হলএ। ৩নি য়ুমশকৈশদা হিয়াংলমদগী কৈ ৩ হাবকএ। ৫নি থাঙজতা মুমনাম শাচুংচম্বা ছাত্তাবিবু মমাশিক্তবী বাইখোংদা থুমখোং তৌবা চংএ। ৭নি নিংথৌকাবদা নোংদি চুদনা ঈশিং চাউএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা মোইরাংদা লৈবা চিরু থাবোনবু খোম-গংলুহনা চাংনিংপোকপীদা লৈহনএ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা কাইবেনগী সংক্রান্তি অহনপা ওইএ। ২৪নি য়ুমশকৈশদা ইবুংঙো মুচুকুন্দ শাম্মু জেনবা হজবনা মোইরাংপা নববাম ভিত্রা খনববু লোলাই পুনৈএ হায়জুনা মথম থাএ। ২৬নি ঈরাইদা লাংমুং খোমলুহনা শোইচেপ কমেংদা লৈহনএ। ২৮নি নোং-মাইজিংদা মৈনম অমুনা অহিংদা যুমতাও চঙএ হায়জুনা কাযএ। লমদা থাদি

[1]উত্তোংচাক চাকে হায়শিন্নবুনা খুদ্দকী মুমনাক ৬২কী খুৎ খোমজুনা নিংথৌ ওইখে খৌরাংজম্পপু মৈতেংঙু, রাইরং পামহৈপানা খন্ডলতানা মচা শীচা কুমং-কিণী, অচৌপামপা বীরমণিতা শীবপাপু পুত্তনা কৃষ্ণময়ুমকী পুনাওপা লাটি, কুকিলা সিতারাম ময়ুমকী রূপানন্দ বাচস্পতি ময়ুমকী হেম, হিদং ময়ুমকী অমুবা, ব্রহ্মচারী ময়ুমগী মগবানন্দ, শামুকৌ চিংখোং হুইড্রোম সুপন, লাইরেনচম ময়ামনা, খোকচোম বৃন্দাবন অথনবা, ইম্দ রাহেংবম খুলিং, হৈক্রুজম নিমাই, খুয়োন্থেম খম্বা কবংনপম লিনাশা, যুমনাম নিত্যাই, লাইতোনচম কৌরা, য়াম-বেমপম লাম্বা, কৈশাম ক্যাম্বা, হিজমচা সিত্তারাম, লংমাইথেম কৃত্তি, যুমনাম খম্বা, লাইপাগ্রাম বক্তমণি, শৌকুরাকপম তানচৌ, খেনদা রাংবে খাবা লোইতোংবম চকপা, ওয়াংবম কৃষ্ণ, লাইরেন শিকত্তোম, পোলেম নন্দ, অমা লাইবারকী নাথন —মথোয় ওসি থৈপিক্ষচিংবা মী ২৭৩ গা লোয়ননা অবারম চেনখিএ। বামন হজবা ময়ুমকী নওু খোংচাও কৃতিপাসি শেল্পবা ২মাবু খামহল্লববু য়াদহুনা লিপ্রোংতগী হল্লকই। ২৯নি লৈপাকপোকপদা খাংপম রূপা লাইকম লাকপা, নানৈতপা কৈক পা খুঙ্গং ওমাপু খাম্বা চংহনএ। য়াদহুনা পল্লেঙ্গী হল্লকএ। তুমদা হেংগান শম্ভুনা লৈকইএ। পোয়মু থাদি শগোলসেন্না হুলএ। ২নি ঈবাইদা কাংবা কুন্দখাদা নিংথৌকি কিতুনা অমা লাইবারগী ক্যাকা ২মাবু কামান পুহন্দুনা খোঙবু লমলেন চহহানববু যুবরাজগী খুৎনা চঙহন্দহুনা হল্লকই। ৪নি লংমাইচিংদা পোয়মু থাগী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ৭নি যুমশকৈশদা কৃষ্ণময়ুমগী চক্রবর্তি বমারু ইপুংশি যুবরাজবু খাম্বা চংহনখিএ। ৮নি শগোলসেন্দা নাকৈবা খুক্কিং কৈকংন্তা নিংথৌফ পীএ। মচা উত্তোমদা কিরোয় পীহুনা খোইপু লমলেন লমতা অবারম চঙহনখিএ। ১২নি নিংথৌকাবদা বামন চক্রবর্তি বমানা ইপুংশিঙ যুবরাজ খাম্বা য়াদহুনা তুমুদগী হল্লকএ। থাশি শগোলসেন্দা মৈতেংঙু, রাইরং পামহৈবনা কংলাগী মেন্দা কমহুনা লৈপাক পুম্মক রাশকনৈএ। অমা য়ুমনাম শাচুংঙম্বা হাজারিবু ককচিং পনশানা চংহনখিএ। ২৯নি যুম-শকৈশদা লম্বোইবা সিত্তোয়দাসনা চন্দ্রখোংদা লৈববু অহিং হাংকে তৌরএ। হাংপদি ওমদয়ে। মপোৎ মচে খোমখিএ হায়না মহারাজদা থাশি শগোলসেন্দা কংলৈএ। বাকচিং থাদি ঈরাইনা হনএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা নোংথোম্বা খোইয়াবু ইছারাই থাএ।

১। উত্তোংচাক—বা বতাং অমা ককনা উত্তোং শেমলগা মাহুদা ঈশিং অমম্বং চেং পুখিনগা খোংবা চাক।

২০নি য়ুমশকৈশদা থোকচোম লনহাম্বা ফুঙ্গানাই হাজারিবু ইবুংশিজ যুবরাজনা কথো খারি থুংওইননা পলেন্দা তাগে ভৌরে হাযবা তাহনা ককচিং থুঙেনগী পনজাওদা শোরুরুও হায়না চংহনখিএ। ২১নি শগোলসেন প্রমিংকী নোং-ঙাল্লকপদা হাংনৈএ। ইবুংশি যুবরাজগী লাম্মী থোঙাম অভিবু নোংমৈনা পানদনা শিএ। য়ুমনাম শাচুংঙম্বা হাজারি থোকচোম লনহাম্বা হাজারি ২মাস্থ ঙমদহনা চেল্লকএ। থোকচাও হাজারিগী মনাও নবদি যুবরাজগী থুংনা ফংহনা হংথুন থুনলেন্দা বামন পুংনাওনা হাংএ। ২২নি ঈরাইদা কৃষ্ণ মশু ঠাকুর নবন্দনা ঐ থামকে চংএ। ইবুংঙো শিজ রমা ক্ষেত্রি শঙলাকপনা সেনাপতি ওইহনা পানা ৪ মাগী হাজারি শগোলতোংবা লাম্মী মালোম ফুঙ্গানাই অসি খৈবিক লোয়ননা ঠাকুরনা থাম্বা য়াদ্রবদি শোরুরুও হায়না চংহনএ। ঠাকুরনা থাম্বা য়াতহনা শামুরৌদা হাংনৈএ। ঙমদহনা চেল্লকই হায়না ইপুংশিজ মুচুকুন্দ শামুশেনবা হজবনা মহারাজদা পাউ হায়না থু লৈএ। থুমুনচাম্বা হাজারিনচিংনা মী খ য়া থোমলৌএ। ২৩নি থাঙজদা ককচিং ইরম অপুম্বা সেকমাই কৈরোই অপুম্বা অসি খৈবিক লোয়ননা কারক্তনা মহারাজ য়াওনা য়াইস্কুল থোঙদা হাংনৈএ। গুরুময়ুনগী বালজি ক্ষেত্রিময়ুমগী ধর্মসিং ২মাভি নোংমৈনা পানএ। মহারাজগী মীদি য়াংহংবা শঙ্গোইজাবা নোংথোনবা ভামু-ঙোরো ২মা শিএ। ইপুংশিজ যুবরাজনা থোঙলেন চঙলকপদা থাংজম চৈতন্য য়েল্লাংবম জয়ানন্দ ২মা শিএ। লাংপোকলাকপা অভিদি মাথোয মশেন থিল্লতনা শিএ। স্না কৈথেল্দা হাংনৈএ। মহারাজনা ইনাওবু শোক্কস্থ নোংমৈ ফাপকনো থামএ। কোন্থুং চঙবা ঙমদহনা তম্পাক য়ুমদা তেঙ্গোন শাহনা লৈরুইএ। ইপুংশিজ আনন্তশাই য়াংখৈরাকপা, ঠাকুর অনুপানন্দ, হাওবম কুমুভা কৈরুংবা, ইপুংশিজ খুচুং উরুংপুরেন ৪নাদি নচিন ননাওনা শোকনবদি য়েংনা ঙমলোইএ হায়মা চেনখিএ। শাংপা রূপা লাইফম লাকপদি চাককুমগে হায়সন্নতুনা চেনখিএ। মমাশিজ নিংথৌপোকপীস্থ থোইমোমদা থৈয়ে। মহা-রাজস্থ কোন্থংদা চঙদনা কাঙজৈবুংদা লৈএ। লৈপাক অপুম্বা চাক চাঙপা খৈবিকপু মৈতৈলৈমা থোংমাং লাম্বীনচিংবা য়োইপু য়োইহৈ পুম্মক কাঙজৈবুংদা চাক পুথোকতনা চাহনএ। থোকচোম নব, থাবম লাকপবু শীহনা হায়রুইএ। ইনাওমা নিংথৌ ওইনিংলপতি মোইরাংতা লৈদনা লৈপাক মচেৎ অমা থাইদনা নিংথৌ ওইববু পাম্বরা। অন্থ নত্তনা লৈপাক পুম্মকপু লোগে হায়রবস্থ ময়াং-নিংথৌনাই তান্না হম্বখিও। নঙগী ননাই কত্তর্বশংনা ঐঙোস্তা করিগুম্বা

লাম্লু ও মুংকোইপীতা চনএ। থাশি থাঙসতা অৱা লাইবার পুখনপা লাইরিক-য়েংবা ২মানচিংমা মী ৬০ থুংলৈএ। ফাইরেন থাড়ি লংমাইচিংনা হুনএ। ৪নি মুমশকৈশতা ফাইরেনকী সংক্রান্তি অহনপা ওইএ। ৫নি শকোনসেন্না মানতৈপা কৈরুংপা, কুংমা ১মানচিংনা অৱা লাইপার মী ৩০০ থুংলৈএ। কবোথাবি খোমলৌপাপু মথোং মমাঙতকি কৈথেন তান্না লমচাও থোরৈএ। ৬নি ঈরাইতা অৱা লাইবার ফম কাএ। ৭নি লংমাইচিংতা কবো থাবি [1]খোম-লৌপাপু মথুনতা হুনহল্লিএ। ৮নি নিংথৌকাপতা ইপুংশি খমলাং পাচাহনবা শিএ। ১২নি শগোলসেন্না লম্বোইবা থিনপা বামোন গোবিন্দ্ৰামনচিংনা অৱা ১০ কা লোয়ননা থুংলৈএ। ১৩নি ঈরাইতা ইপুংঙু শিজ চৈতন্যনন্দকী মচা শিজ নবকোৱী অৱারৈবা যাত্রা তৌএ। ১৪নি থাংসতা কৈথেনতা শেন চাইরমএ। অতু মুমিংতা লুক্রামপা তানচৌনা থাবিতকি হৈতুপ শোলোম মরুম চাওবা পুরকুনা নৈতেংঙু থাইগং পামহৈবদা কৎলৈএ। ১৫নি লংমাইচিংতা অডৌপাম্বা পীবমণি মানতৈবা থুংলৈ লাইফম লাকপা ওইনাম বীরসিং কৈরুংবা, থাঙসাপা থনজোং হাচাম্বি অসি খৈদিকনচিংনা অৱারৈনা থিনপা চৎএ। ১৮নি মুমশকৈশদা লাইশঙ, শঙকায়, ছিরুশঙ, কৈথেলশঙ ৪মা হৌএ। ২৫নি মুমশকৈশতা লোখামপাপু কমপোইপাকী পোৎ হুইএ হায়তুনা মৈদা শাক্ষি তৌএ। চুনস্তামএ। অতু মুমিংতা হাওরম কুংঙা থাঙসাপা পুরেন ওয়নাম খোকিন্দ্র উরুংপা পুরেন ২মাপু শঙকাইরেনগী মুখ্যদা উ য়ানবা চৎএ। লমদা থাড়ি লৈপাকপোকপনা হুনএ। ৪নি ঈরাইতা লমতাকি সংক্রান্তি অহনপা ওইএ। অতু মুমিং লংমাইথেমপা কৌরহরি করাম শিএ। কমপোইপা শীতলতাসমুং ঔরাতা চঙখিএ। ৫নি থাঙসতা লমপোকপা শীতলতাসপু হাংকে তৌপা মী খৈদিকপু চাবাপ্পা থাখিনপা হৌএ। ১৩নি লংমাইচিংতা হাওয়ুবা শেনলুংপাপু লানশোনবী কৈদা থাএ। ১৯নি ঈরাইতা অডৌপাম্বা পীবমণি ওয়না কৈরুংপা পীরসিং থাঙসাপা থনজোই মাংথোয় ওমাতি ইংথি মপাঙ্কি হল্লকপা থুংলৈএ। ২১নি লংমাইচিংতা সনাশাবা পাঙনপু উনম লাকপা ওইহলএ। তুনা শাম্ম তোংনা থিনথৈএ। ২২নি নিংথৌকাবদা হাওবম কুমুতা থাঙশাবা পুরেন ওয়নাম খোকিন্দ্র উরুংপুরেন ২মানা উ ২০০০ লোয়ননা থুংলৈএ। অতু মুমিংতা কমশোল হাওনা শেনপুং শেনমন য়াংনা পুত্রনা লোই হারৈএ। ২৩নি লৈপাকপোকপতা পামোম খমপানা অৱা

---

১। খোমলৌপা—লান্দা কাহোবা।

লাইশ্বারতা শকোন য়োনঞ্জ হায়তুনা লৈশাংথোংতা থাইএ। শক্তিম্ থাতি শকোনসেন্না চলএ। অতু মুমিত্তা পাসোন মৱারাম থিংথনতনা মহারাজতা ইরোই থরোপি কংলৈএ। কোইরেং খাংচেন লাকপাকা শাম্লাই লাংপর চক্রপানি ২নাপ লম্বোইবা হাংকে তৌবা যাওই হায়তুনা ইনামুংতা ইকপনৈএ। পামোমা তাউখংএ। ২নি ঈরাইতা বাক্সো নবমালি শঙলেন লাকপা শিএ। অতু মুমিত্তা পামোন ক্রিয়াঙলোয় হকপা চক্রপানিবু যোৎহিং চনএ। মবন মথুমস্থং থোনএ। যেনকোকপা শ্যামবামকী কুর্মতে থোক ১৭২৯ চন্দ্রাব্দ ১০১৯। ৫নি লংমাইচিংত শক্তিকোইবী সংক্রান্তি অহনপা ওইএ ৬নি লৈপাক-পোকপদা শীকলাসকী সালিগ্রাম কাথএ। অতু মুমিত্তা তুমুবাকপা লুপলাকপা তামু ওয় যোংহিং চনএ। ১০নি যুমশকৈশা মুমিত্তা দৰ্গা সাক্তি তৌএ। পাম্মোন মৱ পান্না চৎএ। ১১নি থাঙসতা কৰো থাংনা লোইপোং কংলৈএ ১২নি লংমাইচিংত অনাত্তা মী চেনথিপা তানপা হংএ। ১৩নি নিংথৌকাপতা কাওরোংপা মুমিনা চেকইপোক কৈনাপা চৎএ। ১৪নি লৈপাকপোকপতা ইপুংশি কৈনাপা সনাপতিনা লমপোইপা তাইপা চৎএ। ১৬নি শকোনসেনতা শংকাইতা নোংমা শীংচঙ তাইএ। ১৭নি ঈরাইতা ইপুংশি কৈনাপা সেনাপতি লমপোইপা ইপা থুকৈএ। অতু মুমিত্তা ইপুংশিক যেসোনজিৎ চঙথে। ১৯নি লংমাইচিংতা থোকচাও কীৰ্তিবাসি শেলুংপানা কাথোংতগী হাও খোমএ। ২২নি যুম-শকৈশতা যাংমথে নলপা মতু মচা ৫মা থাৱরকথা থাইএ। লথোকপা মতু মচা ৫মং থোরিথুনতা থাইএ। অসেম নবীন মতু মচা ২মং হাৎচোংতা থাইএ। মাংকোইচম মতু মচা ওনা ভাগ্রমতা থাইএ। ২৭নি নিংথৌকাপতা পাচি শীতোলতাসকী পোং মাংখিপাপু ইথম হাওনা হুঙমতুনা চৈরাংপা অভিবাদনা মহারাজতা কংলৈএ। ২৮নি কৈপাকপোকপতা শকোনশঙ থেংঙশাং ২মা নোংশীংনা হুমথোকএ। কালেন থাতি ঈরাইনা হনএ। ৩নি লংমাইচিংতা গোবিন্দজিগী লাইশঙ শঙকায়এ। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবত শেন লখা ১১৫০০০০ রূপা তাংকা ৫০ পীএ ৬নি যুমশকৈশতা কালেনকী সংক্রান্তি অহনপা ওইএ। ১০নি লংমাইচিংতা শঙকাইবেন শঙকাযএ। ১৫নি শথোনসেন্তা চন্দ্রগ্রহণ তৌএ। ১৬নি ঈরাইতা ভাংপম কৃষ্ণ হাওপম জিলানন্দ মোংথোমপা চন্দ্র ওমা লোই থাইএ। ২০নি লৈপাকপোকপতা ইপুংশি সেনাপতি কৈবাপনা অৱা লাইপার ওকপা চৎএ। ২১মি যুমশকৈশতা কোইরেন খাংচেন লাকপা তুম্নদা থাইএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা ইপুংশি সেনাপতি অৱা লাইপার ওকপা হুংলৈএ। ২৬নি

লৈপাকপোকপতা অবা লাইপাব মিংতাউউন চিংতাতা থুংলৈএ। ২৮নি শকোন-সেনতা অয়া লাইবার কম কাএ। থাসি থাঙসতা তুমিংপু শানা কাএ। ইত্তা থাতি লংমাইচিংনা হলএ। ৯নি লংমাইচিংতা ইঙাগী সংক্রান্তি অহনবা ইথ। ১১নি লৈপাকপোকপতা লংমাইথেম চৈতন্যকী মনাই নূপী অমা থৌবী যানখৎতুনা শিএ। ১২নি থুমশকৈশতা লাংবোনতা থুমনামকী নিপা অমা কৈনা চাএ। ১৩নি শকোনসেনতা ঠাকুর শ্রীনিবাস ঙৈবাদা শিএ। ২০নি শকোনসেনতা কৈতাপু মী চঙহল্লে হাযতুনা চারাক মমাঙদা য়ৈএ। ২২নি থাঙসতা খ্বাই রাইকুল মহারাজ থাওনা কাঙচৈ নাহে। ঙৈরা লাইপারস্থং স্নেংহল্লে। ২৫নি লংমাইচিংতা ইপুংশিচ জগদানন্দ নোংথোনবা তুমুদা কৈথেল শেম্বা চংলে। ওবা লাইবাব মিংতাউউনস্থং লোয়নখিএ। অতু মুমিংতা বাংহুনা কৈ ১ কারকএ। ২৫নি লৈপাকপোকপতা পানা ৪মা শগোলতোংববু থোং শাও হায়ববু য়াদহুনা ইরোম বশমোনবু কোনথাদা থাযে। ইঙেন থাতি নিংথৌকাবনা হনএ। ১১নি থুমশকৈশদা ইঙেনগী সংক্রান্তি অহনবা ওইএ। ১৩নি ঈবাইতা ইপি নোংথোনপানা মচা শিজ পোকএ। অতু মুমিংতা থোকচাও লপংকো কুমুতা যুমনাম নবোতোন অগম্মেম হুদি ওযনাম বনমালি য়োইবেনপা লথোনবিরুথতব ৪মা থাওনা হতুমুক লাম্মী ১০০ লোযননা থনপাৎ যৌকপতা মযোন থুনলং ৩মা থোমলক্লুনা আইমোন, থোংকাং, তুমুরাক, শিপোংপনসাং থুনকং ৫ ওইনা শেমলনএ। লমদি স্থং শেমলমএ থোং লোংনাই ৫স্থং কংলকএ। থবান থা ১০নি শকোনসেনত থুংলৈএ। মহারাচনা ইপুথৌশিংনা ভজলমতপপু ঙমলে হাযনা হবাওএ। ১৭নি থাঙসতা ওযনাম তাংলৈহাথাদা কৈ ৩ কাযএ। ১৯নি শকোনসেত্তা থুমনাপা সেকমাই কৈরোই লাকপবু ইপুংশি চুপকদগী মীরূপ ওইরকএ হাযতুনা ইথায়তা থাইএ। ২৩নি লৈপাকপোকপতা আথন আতেংকী শেনকা কামন[1] খুতুপ ২ হুই ১ কূইপা[2] বাই ২ খুতোন ৩ চাউপা ১ হৈএ। ২৪নি থুমশকৈশতা ইপি থিংকুবানা মচা শিজ পোকএ। ২৬নি ঈরাইতা নোং চুতহে হাযতুনা মহা-রাজানা ইরুইএ। তম্মা নোং চুইএ। থবান ৬াতি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১১নি ঈরাইতা "হীদাকফু কানপগী শেনকী কামন খুতুপ ৬লুকতপা খুতোন ২ বাংপা ৫ই ৬ খুতাম ৩ চাউপা ১ হৈএ। ১৩নি লংমাইচিংতা থবানকী

১। শেনকী কামন—শেঙেংনা হৈবা কামন (নোংমৈ)
২। কুইপা—শাংবা।
৩। হীদাকফু কানপকী—হীদাক কানথা পানাপী।

সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ১৫নি লৈপাকপোকপন্তা পোৎশংপাকী[1] শেনকী কামন খুতুপ ৩ শুকতবা খুৎতোন ২ বাংপা বায় ৩ খুৎতোম চাউপা ১ হৈএ। ১৭নি শকোনসেনন্তা [2]হিচকাং মনাক তুরেন নমখাৎএ। ২১নি নিংথৌকাপন্তা অবা লাইশাম সৌকাইচাম্পা থুংলৈএ। ২২নি লৈপাকপোকপন্তা থাপমগী শেনকী কামন লম কাকতবা খুতোন ৩ বাংপা বায় ৪ চাউপা অমা হৈএ। অতু মুমিংন্তা অবা লৈবা থিনপা হাওপর চাকাত্তা থুংলৈএ। লাংবন থাক্তি শকোনসেম্না হুনএ। অতু মুমিন্তা ঙৈবা লাইবাব শৌম্বাইচাম্বু শীএ। ৩নি থাঙসন্তা যেবলাংপা পাঙনপু সেকমাইরাকপা হাপ্পুনা থিনথৈএ। ৮নি যুমশাকৈশন্তা ইপুংঙ্গশিজ আনন্দশাই হাংথৈরাকপকী মচাশিঙ অবাত্তা লৈমলুপপু অমা লৈমা থিনপা চংলুপা চোংথাম চিংপা শেন্দ্পাকা মোযবনা থুংলৈএ। ৯নি শকোনসেনন্তা অবা লাইপার সৌকাইচাম্পা শিএ। ১০নি ঈমাইন্তা অহল্লুপকী শেনকী কাম্মন লম কাকতপা খুতোন ৩ বাংপা বায় ৪ চাউপা ১ হৈএ। ১৩নি নিংথৌকাপন্তা শেনচম আশায়ামপু শিকাইকা লোয়নবা মরাংন্তা লাইবাব চংহনএ। ১৫নি যুমশকৈশন্তা লাপনকী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। ১৮নি লংমাইচিংন্তা লাকথোং হৌএ। ২১নি যুমশকৈশন্তা থবাবশিচাক মমৈপানবা থোকএ। ২২নি শকোনসেনন্তা ইপুংঙোশিজ শকোনশেনপা চনচাপা যকতো, নানতৈপা লাইকম লাকপা থুনলিং ২মানচিংবা ঙৈবাঙৈশা থিল্লুপা থুংলৈএ। ২৫নি লংমাইচিংন্তা পাযোন মনাই নুপী ১না থুমুশেনপমকী অমাং ১ হথিতুনা মুমিং ৩নি শুরপকা খঙলক্লুনা বৈথেনন্তা খুনথোইনৈএ। অতু মুমিংন্তা চাংথম মমুমকী অমু কাংপুরেম্না অবান্তা লাইপার চংলুপা থুংলৈএ। মেবা থাক্তি ঈমাইনা হুলএ। ২নি থাঙসান্তা মহারাজনা কালারাজদা থাঙসাহনবা সোনাম থেলেম্বা থাকোকপম থাঙসাহনবা অলক ২মাপু শাহনবা য়োংকী কামান লম অমা শামা কুইবা বায় ৪ খুৎতোন ২ চাউপা ২ কংলৈএ। ৩নি লংমাইচিন্তা কৈথেল্দা চীংঙাথনপমকী নুপী ১ শিএ। ৫নি লৈপাক্পোকপদা সেরামকী নুপী ১ কৈথেল্দা শিএ। ৬নি যুমশকৈশদা ইবুংশিজ জয়দানন্দ নোংথোনবা ফুমুদলী থুংলৈএ। ৭নি শকোনসেন্দা মৈতেংঙু কাথোক বাইরুং পানহৈপাকী পানপোম তমনা শেনগী কামন ২ হৈএ। মমুং খুতুপ ২ মচাউ

১। পোংশংপাকী—পোংশংবা পানাগী। ( হীদাক মরনবা, পোংশংবা পান। অনী অনিযু পানা থুমৈ হায়নম থওলৈ )।

২। হিচকাং—হীমাং হিগেন থমব শঙ।

থাপা থ্রাইরাকপা ইপুংশি পন্দিত্রসিং, শেনশাবা আশারাম ৫ মা ময়াংতকী থুংলৈএ। ১৪নি শকোনসেন্তা কাইবেনকী সংক্রান্তি অহনবা ওইএ। ১৬নি থাঙসতা হাওবম চন্দ্র মহারাণী যাংলৈঙমপী শিএ। লমদা থাডি থাঙসনা হনএ। ৫নি য়ুমশকৈশতা বাংকোম্বা শঙ ৪ যাইস্কুল ভম্পাকয়ুম মকমতা ইপুংশি ভবংখোমলা নাওলসিংহ থাতা শঙহৌএ। ১০নি নিংথৌকাপতা কৈরোই শাকৈ ১৬ মাপু শাখৈ ১০ ওইনা স্পশিন্থনা য়ুমকোক ৯৫৭ লেপহনতনা শ্রীইপুংশি যনতো মন্ত্রিপু পুবেন ওইনতুনা চমপীতাবা ১০ হাপলে। থৌবান্দা ক্ষেত্রি তোমা যবক্সুং ভাংখমতা যেনাত্ৰম্বা পত্র সেকমাইদা য়েল্লাংবা পাললিক্রাম নাম্পক্সদা য়ুশনাম শচিবাম লাংপাক্লা যাহেংযন পনহাদি হাওবং লমশাংদা চিংনান উতোম উনমতা লাইশুবা রূপা হৈনৌপোক্না হাওবমচা বাতা নোংগক্না এযনাম মুকিন্দ কৈবাওবা পানা থাংবা আনন্দরাম মাথোয় ১০ মাবু খাংগী চান্দশোমতুনা জয়শেল লোযশঙ লিংহনএ। লমগী থৌহুইবোইএ। ভুন্দাইরোইএ। লৈশান কৌলক লৈবংবা উকং বারুংবা তেমারুংবা হীদাকহুংশা পৈকংমেল কিরুন অসি খৈদিকপু মাগী মাগী শিনকমকা তৌমনহল্লে। মোইরাংগীদি ভেসনান য়সপ হাক্তাবি হাপতুনা পুকাবেম লানচিংবা লাবাগা ফাইরবম বামু লানচিংবা ৩ মাপু লনগী থৈ অয়াম্বা তৌহনএ। অহু মুমিত্তা নো ভমশং, শাংবাশঙ, য়ুমজাওশঙ ৩ মা হৌএ। বামন হন্থবা চুড়ামণিম্বুং শিএ। থানিন থাঙজদা লমতাগী সংক্রান্তি অহনবা ওইএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা পাটতা ইবেন শমথংএ। শজিবু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৮নি নিংথৌকানদা শিজ শ্রীগোমতি শিজ এযনাম ওঙবীগা অবা লাইপাব যাংখৈপগা লোযননা থুংলৈএ। ১২নি ঈবাটদা ইপুংশি ককতা মন্ত্রি মান্দেবা খুলিং লাইফম লাকপা ২মাবু চুবাবাজ ওকপা চংহনএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা লমদাগী সংক্রান্তি অবোম্বা ওইএ। যুমমাম আম্নোক শঙলেন লাকপগী কুমদি শক ১৭৩০ চন্দ্রাব্দ ১০২০। ১৭নি লৈপাকপোকপদা শচিফোইগী সংক্রান্তি অহনবা ওইএ। ২২নি লংমাইচিংদা ইপুংশিজ মারজিং যুবরাজনা শামু ২ লোযননা থুংলৈএ। অবা লাইবাব যাংখৈ য়েল্লাংবা ২মম্ব লোয়নবকএ। ২৯নি লংমাইচিংদা হিজম চান্দ শঙথুবা হন্থবা শিএ। থাশি নিংথৌকাবদা ইপুংশি যুবরাজ প্রায়শ্চিৎ তৌএ। ব্রাহ্মণ ৫তা য়ুম ৫ শাবিহ্নবা চাহৈ ১২ চানবা কৌ থুমচিংবা চানশেংননা পুম্নমক য়াওনা থিনখৈএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১০নি শগোলসেন্দা ময়াংলম্বম হাওবং লাকপদা কাং

অক্সবা লৈএ হায়দুনা লৌশনলুববু কাং অসিনা বা য়ামএ হায়দুনা শুবন্দা শুক্লা শুগায়এ। মহাক কৌথংতনা ধর্মশালা লোয়শঙদা পুন্দুনা য়েএ। ১২নি থাঙজদা অঙৌপাম্বা বীরমণিগা শিজ উশেশ্বরীগা লুহোংএ। পুর্ণিমা লৈপাক-পোকপদা চাবুংবমবু লৈশাংখোংদা হোংহনএ। ১৮নি ঈরাইদা কালেনগী সংক্রান্তি অহনবা ওইএ। ২৫নি ঈরাইদা তাকন্দেন্দা পুত্রী ভৌএ। ইঙা থাদি শগোলসেন্না হনএ। ২নি ঈবাইদা লৌযামকুমা কৈকংববু অদা লাই-বাবগা লোয়ননা চংহনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা উত্রা হৌএ। ৯নি ঈরাইদা শিজ থুবায়লৈমা উশেশ্বরী থিষ্ণৈএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা শিজ হাওবম ওড়বী জাদশ্বরী শিএ। পুর্ণিমা য়ুমশকৈশদা অঙৌপানবা বীরমণিগা শিজ উচ্চশ্বরিগা কম্বাল কায়এ। ১৮নি থাঙজদা নোংঙানবুং যৈকতপদা পুং অমা মথায় য়াংএ। নোংমদা পুং ৩ মথায় হেন্নে হাযত্তনা তানয়েন্দবু ঈশিংদা তিংএ। ২০নি নিংথৌকাবদা ইঙাগী সংক্রান্তি অহনবা ওইএ। ২৩নি য়ুমশকৈশদা হাওবম কম্বানগী মনাই নুপীনা মবা হাংএ হাযদুনা কৈথেন্দা থুনকোইনাএ। হাইকোক্তা থাইএ। মবিনপাদি মথুং কক্তনা শুগ্‌দা থাইএ। ২৭নি থাঙজদা চিংশাই মহাবাজগী মচাশিজ অবাদগী খোকলকপা থুংলৈএ। ইঙেন থাদি থাঙজনা হনএ। ২১নি ঈবাইদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থাদি নিংথৌকাবনা ২নি পানএ। ২২নি থাঙজদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২৩নি নোংমাইজিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না হনএ। ২৪নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি থাঙজনা হনএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়নু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৮নি নিংথৌকাবদা লাইশ্রবা শিজপা পুত্রম্বনচিংনা অবাংলম থুমময়োন হাও নাবা চংএ। ১২নি ঈরাইদা মনাও ইবুংঙো মাবজিং য়ুবরাজনা লানশোনবীদা উতোংচাক চাগে হায়শিন্নদুনা অবাংলম হাওনাবারম চংতুনা থুংখোমলক্তুনা থুদৈবন্দা তেঙোন লিংদুনা থা ১ শোকনৈএ। ঙমদদুনা ময়াংলম চেনখিএ। অবা যৌএ। ২৫নি শগোলসেন্দা পোয়নুগী সংক্রান্তি হৌএ। বাকচিং থাদি শগোলসেন্না হনএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ফাইরেন থাদি থাঙজনা হনএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। অহু গুমিত্তা হাওবম নোংথোনবগা অমুবা হিদাককানবা হজবা ২ মানচিংনা শুগ্‌দা শামু শামাম কায়এ। মরেবো লনহাম্বমা শোঙ

মমুংদগী শামু মচা অমা শুকথি চপনা চিংখোলকুনা কায়এ। মী ২ মুং কনএ। মনাদি কাপৈ শিংনাংপান পীএ। ২৬নি য়ুমশকৈশদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থাদি লৈপাকপোকপনা ২নি পানএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা শচি-কোইগী সংক্রান্তি ওই। লৈশাংথেম থাবমগী কুম শক ১৭৩১ চন্দ্রাব্দ ১০২১। ২৮নি য়ুমশকৈশদা শজিবুগী পালোক ওইএ। কালেন থাদি থাঙজনা হুনএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা চীংমৈরোংদা পুখ্রী য়োংএ। মমিংদি নিংথেম মমা শিজ শ্রীমহারাণী চিংঙাখম্বীনা বৃন্দাবন চংলাইদমদা তৌবমএ হায়বগী বৈষ্ণবী কংকা কৌএ। ৯নি নিংথৌকাবদা শ্রীমহারাজনা মহৈ য়েংনহনগে হায়দুনা পাঙি লোয়শঙ অনৌবা শেমএ। ২০নি শগোলসেন্দা শ্রীমতি মমাশিজ বৃন্দাবন চংএ। বৃন্দাবন্দা ফমপী ওইখিএ। ২৮নি ঈবাইদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙা থাদি নিংথৌকাবনা হুনএ। ৩নি য়ুমশকৈশদা নোং মুংশিং কয়া শিত্নুনা যম যামনা তেকই। ১৩নি থাঙজদা ইনেম্মা খুনবোং অপাম্বীনা মচা ইবুংঙো ত্রিভুবনজিৎ পোকএ। ২১নি থাঙজদা ভূমীকম্প তৌএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা ইঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থা মলমাস ওইএ। ইঙেন থাদি য়ুমশকৈশনা হুনএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা হিদাকশুংবা লোয়শঙ চাকএ। ১৪নি নিং-থৌকাবদা শঙাইশন পাইএ। ইঙেন থা ২ ওইএ। ইঙেন থাদি শগোলসেন্দা হুনএ। ২নি ঈরাইদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাদি থাঙজনা হুনএ। ৩নি নিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাদি নোংমাইজিংনা হুমএ। ১নি নিংথৌকাবদা অবাং নোংতম ঈভা শামু শোঙ শাবা চংএ। ৫নি শকোনসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৩নি শগোলসেন্দা শ্রীমহারাজ মৈদিংঙু নোংচুপ বাইরং পামহৈবনা লৈকাই মখিমগী পালাগা লোয়ননা কৌক্রদা শামু তানবা চংএ। ২২নি নোংমাইজিংদা শামু কাবা থুংলৈএ। ২৮নি থাঙজদা শামু শোং শাবা চংএ। মেরা থাদি লৈপাকপোকপনা হুনএ। ৭নি নোংমাইজিংদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮নি থাঙজদা ইপুংশি মুচুকুন্দ শিএ। হিয়াঙৈ থাদি য়ুমশকৈশনা হুনএ। ২নি শগোলসেন্দা কোকচাইদগী কৈ ৪ কায়এ। ৭নি লৈপাকপোকপদা হিয়াংকৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি নিং-থৌকাবদা ইপুংশি কম্বা শিএ। পোয়নু থাদি ঈরাইনা হুনএ। ২নি থাঙজদা বামন সেনাপতি শিএ। ৭নি য়ুমশকৈশদা পোয়নুগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৩নি থাঙজদা মহাশয় ঠাকুর চঙখিএ। বাকচিং থা নোংমাইচিংনা হুনএ। ৭নি ঈরাইদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওই। ৫নি শগোলসেন্দা পাচহুনবনচিংনা পাচ

পূম্নমক নূপীগী যাম্রেল শোয়এ হাযত্নুনা থাইএ। ১৫নি থাঙশতা যজ্ঞ তৌত্নুনা লৈপাক পূম্নমক্কী পিবাবু কৌথত্নুনা পাউনম হিথেম্বা ইকপহনএ। ২৫নি লৈপাকপোকপতা কবো খা বিমা লোই হাবিএ। কাইবেন থাতি নিংথৌকাখনা হুমএ। ৭নি থাঙসতা কাইবেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ৯নি নিংথৌকাপতা কোম্লুংতা শাচন অমা কায়এ। লমদা থাতি লৈপাকপোকপনা হুনএ। ৭নি নিংথৌকাপতা লমতাকী পিণ্ড সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থা ঈরাইনা হুনএ। থোংপম কৌবাংকী কুম শক ১৭৩২। ৮নি থাঙজদা শজিবুগী সংক্রান্তি তৌএ। শজিবু থা মলমাস ওইএ। ২৫নি শকোনসেন্বা যুমনাম আবোক শঙলেন লাকপা শিএ। ৮নি থাঙসতা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন থাদি লংমাইজিংনা হুলএ। অত্থু মুমিত্তা অরা লাইপাব থুংলৈএ। ৫নি শকোনসেন্বা বিষ্ণু অভিষেক তৌএ। অত্থু মুমিত্তা অক্ষোম চন্দ্র উচ্চশ্বরী থিনথেএ। ৮নি লংমাইচিংতা ভুবেন নমথাযএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৫নি লংমাইচিংতা ভুবেন ১ রক নমথাযএ। ইঙা থাতি নিংথৌকাখনা হুনএ। ৩নি যমশকৈশদা বাজি কৃষ্ণদাস শিএ। ৬নি লংমাইজিংদা ইপুংশি দেববাচা শিএ। ১৩নি থাঙসতা ইঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থাতি যুমশকৈশনা হুনএ। ১৬নি যুমশকৈশতা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাতি ঈবাইনা হুনএ। ৪নি নিংথৌকাপতা লেন যামনা তাইএ। ১৭নি থাঙসতা থবানকী সংক্রান্তি ওইএ। অত্থু মুমিত্তা হাও হিযাং মাহুনএ। মরিংমা থোইএ। লাংপন থাতি থাঙসনা হুনএ। ১৮নি নিংথৌকাপতা লাংপনকী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাতি নিংথৌকাপনা হুনএ। ১৮নি যুম শকৈশতা মেরাকী সংক্রান্তি ওইএ। ২৯নি লংমাইচিংতা মোইরাংলেমতগী চীংথৈরমতা মুমিং ৫নি কৌচে যামনা পাইরকএ। হিযাংকৈ থাতি লৈপাকপোকপনা হুনএ। ৩নি শকোনসেন্বা তেনতোংযামতা কোম্লুং শেমএ। ১৭নি শকোনসেন্বা হিয়াংকৈকী সংক্রান্তি ওইএ। ১৮নি ঈরাইতা ইপেন্মা ওযনা অপাম্বীনা মচা ইপুংঙ পোকএ। অত্থু মুমিত্তা যাইথুপা পাঙ্‌বা শিএ। পোয়ন্থু থাতি শকোনসেন্না হুনএ। ৬নি নিংথৌকাপতা শ্রীযুৎ মহাবাজনা তেনতোংযান কুমএ। ১৭নি ঈরাইতা ইতোক খুলেন হাওনা লমপু হাৎএ। ১৮নি থাঙসতা হাকচিংকী সংক্রান্তি ওইএ। কাইরেন থাদি ঈরাইনা হুনএ। ১৭নি লংমাইচিংতা কাইরেনকী সংক্রান্তি ওইএ। লমতা থাতি লংমাইচিংনা হুনএ। ১৭নি লৈপাকপোকপতা লমতাগী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থাতি ঈরাইনা

হুনএ। ১৭নি লৈপাক্‌পোকপতা পিশু সংক্রান্তি ওইএ। সোইপম লাইপাকি কুমদি শোক ১৭৩৩। ১৯নি ঈন্নাইতা শচিকোইকী পালোক ওইএ। কালেন থাক্তি য়ুমশকৈশনা ২নি পানএ। ৬নি লংমাইচিংতা শ্রীযুৎ মহারাজনা কাঙক্রম শবীক থাংবা শাৱৈএ। অতু থুমিংতা কোইরেংকৈতা ভুবেন থিংজনা ইরোং মগ্নিন চেনহনএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা হাওপম কৃষ্ণচন্দ্রগী মচা থৌবি য়ানতুনা শিএ। ৮নি য়ুমশকৈশতা থাকি ৫ থুংলৈএ। ১৯নি লংমাইচিংতা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা কোইরেমকৈ থিঙেন থিংএ। ইঙা থাক্তি শকোনসেন্না হনএ। ২২নি শকোনসেন্তা ইঙাকি সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থাক্তি ঈন্নাইনা হনএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থৱান থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ১৬নি নিংথৌকাপতা কাঙচৈপুঙতা শ্রীযুৎ মহারাজ রাওনা শাম্বনা উকায় তকএ। ২৭নি শকোন-সেন্তা থৱানকী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাক্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা মোইরামপা কৈথেল্দা লৈকাই ৪ মাকি মীনা মানতোপ ৮ শাইএ। ২৮নি লংমাইচিংতা লাংপনকি সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাক্তি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১৮নি থাঙশতা যেনত্রেমপা পত্র অবা লাইপাৎ চংপা থুংলৈএ। ২৮নি লৈপাকপোকপতা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থাক্তি ঈন্নাইনা হনএ। ৮নি শকোনসেন্তা শ্রী মপা ইবুংঙোগী অধিবাস তৌএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা শঙাইসেন শাইএ। ২০নি য়ুমশকৈশতা হিয়াংকৈকী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়ন্থু থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২০নি শকোনসেন্তা ইবুংশি জগদা বাংথৈবাকপা গঙ্গা চঙখিএ। ২৯নি থাঙসতা পোয়ন্থুগী সংক্রান্তি ওইএ। বাকচিং থাক্তি নিংথৌকাবনা হনএ। ২নি লৈপাকপোকপতা শ্রীগৌর ঠাকুর গঙ্গা চঙখিএ। ১২নি শকোনসেন্তা শ্রীযুৎ মহারাজনা কোম্বা কুমএ। কৈ ২ কারকএ। ২৮নি লংমাইচিংতা বাকচিংকী সংক্রান্তি ওইএ। ফাইরেন থাক্তি য়ুমশকৈশনা হনএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা শগোলসেন্না হনএ। ২৭নি লৈপাকপোকপতা য়ুম্বাবা পুথ্রনপা শিএ। ২৮নি য়ুমশকৈশতা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শচিকু থা থাঙচনা হনএ। থাশি থাঙচতা কুম লোইএ। নাউরেম থুনিংকী কুম শোক ১৭৩৪। শচিকোইতা মলমাস ওইএ। কালেন থা লংমাইচিংনা হনএ। ১৬নি নিং-থৌকাপতা লোইতামপনা মনাই চেনখিপা তানখিপতা মহাকপু লেকমাইনা হাংএ। ২নি লৈপাকপোকপতা কালেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ২৯নি ঈন্নাইতা

কাইবংতা থিংতুনা কোংপারম ঐরাবদি কৌনা চেনহনএ। ইঙা থাতি যুম-শকৈশনা হনএ। ৩নি ঈবাইতা ইঙাকী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থাতি শকোনসেন্না হনএ। ৬নি লৈপাকপোকপতা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ৮নি নিংথৌকাপতা হৈনৌখোঙনেম্বীদা শ্রীযুৎ য়াওনা হৈনৌ চাবা কুমএ। থবান থাতি থাঙসনা হনএ। ৭নি ঈরাইতা থবানকী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থা নিংথৌকাবনা হনএ। ৮নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাতি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১০নি শকোনসেন্না মেরাকী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থা যুমশকৈশনা হনএ। ৯নি ঈরাইতা হিয়াংকৈকী সংক্রান্তি ওইএ। ১১নি লংমাইচিংতা শ্রীযুবরাজনা অরা নিংথৌদা থুংলুবে। অরা নিংথৌনা হাযকুনো নযাম্পপু চায়না লোযনৌও নংতি লৈথো হাযপপু য়াত্তবে। অবা নিংথৌনা লাম্মী লথা ১ পীরে। পথেক সেনাপতিনচিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা লাকএ। পোয়ন্নু থাতি ঈরাইনা হনএ। ১০নি লংমাইচিংতা পোযন্নুবী সংক্রান্তি ওইএ। বাকচিং থাতি লংমাইচিংনা হনএ। ৯নি নিংথৌকাপতা বাকচিংকী সংক্রান্তি ওইএ। ফাইরেন থাতি লংমাইচিংনা হনএ। ১০নি যুমশকৈশতা ফাইরেনকী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ১০নি ঈরাইদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থা ঈরাইনা হনএ। সিনাম মুংয়ামপাক্তি কুম শক ১৭৩৫। ১২নি নিংথৌকাবনা শচিফোইকী পালোক ওইএ। কালেন থা ঈবাইনা হনএ ১৪নি যুমশকৈশতা কালেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙা থাতি নিংথৌকাপনা হনএ। ১৪নি থাঙসতা ইঙাকী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থাতি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৬নি যুমশকৈশতা ইঙেনকী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থা যুমশকৈশনা হনএ। ১৭নি থাঙসতা থবানকী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাতি ঈবাইনা হনএ। ১৯নি লৈপাকপোকপতা লাংপনগী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাতি থাঙসনা হনএ। ১৮নি লৈপাক-পোকপতা মমুং থাংকম্পাৎ নায় ( তৌএ )। ২১নি ঈরাইতা মেরাকী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থাতি নিংথৌকাবনা হনএ। ২২নি লংমাইচিংতা হিয়াংকৈকী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়ন্নু থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২১নি নিংথৌকাপতা পোয়ন্নুকী সংক্রান্তি ওইএ। বাকচিং থাতি শকোনসেন্না হনএ। থাঙসা হুমনি পানপতা শ্রীযুৎ মহারাজনা লৈমতাকতা চাম য়ানবা চৎএ। ২১নি যুমশকৈশতা বাকচিংকী সংক্রান্তি ওইএ। কাইবেন থাতি থাঙসনা হনএ। ১৬নি থাঙসতা নিত্যাইবংশ চঙখিএ। ২০নি যুমশকৈশতা মনাও ইবুংঙো

অয়াঙবী লাকপা হাযতুনা শ্রীযুৎ থুংলৈএ। ২১নি শগোনসেন্দা ফাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১১নি থাঙসতা লমতাকী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থাক্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৬নি লংমাইচিংতা শ্রীমমাও ইপুংঙ্ ঘুবরাজকা শ্রীযুৎ মহারাজ ফালোক রাইরং পামহৈপাকা ককচিং পনচাওতা ঙমিং ১১নি শোক্লপাপু মনাও ইপুংঙ্ শ্রীমার্জিৎ যুবরাজনা ওমতুনা শ্রীযুৎ ফানলোক রাইরং পামহৈপাতি ময়াংলম চঙখিএ। কমপাঙ্গা চহী ১০ পাল্লমএ।

৬০

## মৈদিংঙ্ মার্জিৎ

১৭নি যুমশকৈশদা কোম্ন চঙহুনা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক রাইরং পামহৈপানা[১] চহী ৩৪ তা নিংথৌ ওই। ২১নি নিংথৌকাপতা পিঙ সংক্রান্তি ওইএ। লংমাইথেম মণিকী কুম শোক ১৭৩৬। ২২নি লৈপাকপোকপতা শচিকোইকী পালোক ওইএ। কালেন থাক্তি শকোনসেন্না হনএ। ৩নি থাংসতা চিংতামখাদা মী ২৮ হাৎএ। ১৩নি নিংথৌকাপতা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক রাইরং পামহৈবনা মৈতৈ লৈমা থোকচাউস্কা কম্বাল কায়এ। ২৩নি শকোনসেন্না কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙা থাদি ঈরাইনা হনএ। ৪নি নিংথৌকাবদা কম্বাল লান নাবা চংলে। লৈরিক শাঙ্গপুম মাবএ। লান্মি চৌশিংকুপ শচিকুপ সাথংম লেংকুপম্ লেংঙাকুপ ৪ মা কাযএ। লানমিং চনএ। ২৪নি লংমাইচিংদা ইঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থাক্তি নোংমাইচিংনা হনএ। ২৭নি ঈরাইঙা ইঙেনকী সংক্রান্তি ওইএ। থাশি নোংমাইজিংদা সূর্যাগ্রহণ তৌএ। ইপুংশি কত্রসিং অমা চঙখিবা থুংলৈএ। থবান থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২৯নি নিংথৌকানদা মুহারাইএ। থাশি নিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা

---

১। মৈদিংঙ্ মার্জিৎ মহারাজ নোংপোক রাইরং পামহৈবা—মাজি ভাগ্যচন্দ্রনা থমোয়োন কোমো নোংথিনচাইবী শেনবী ভেখাও লাহুবী হয়েন অরুবাকাবী পামহুনা মার্জিৎ মহারাজ পোকএ। খৃষ্টাব্দ ১৮১৩ দগী ১৮১৯ ফাওবা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইহুনা পাম্বখি। কাছাড়দা লাল্লাম্বুনা মথাং ডবা হাৎবা মিংথোল লৌখি, মনা হাকথ অদিদা খৃষ্টাব্দ ১৮১৯ দা ঔরানা লান ভাৎকুনা চহী ভরেং যুক্তাকখি।

হনএ। মলমাস ওইএ। ৪নি ঈবাইদা চিংডাখম্বা মন্ত্রি শিএ। ৬নি লং-মাইচিংদা যুহারাএ। লাংবন থা অকোনবা য়ুমশকৈশনা হনএ। ২নি শগোলসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাদি ঈবাইনা হনএ। অদু মুমিংতা ঠাকুর কোনোক হজবা ঔবা নিংথৌগী কর্ম গথি তৌবা চংএ। ২নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২২নি লংমাইজিংদা হুইত্রোম্বা লাইকম লাকপা ললউনপোৎ পুহনা ঔবা চঙএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২নি নিংথৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। অদু মুমিত্ত থোকচোমদু কিপী বা থোকএ। অদু মুমিত্তা অডম্বা বিবিকপু কোন্থংদা লৈহনএ। শঙলাক কৈকং মচাবু শগোলতোংবা অপাম্বা হাম্বনা বাহনএ। থো নাহন্দে। তেনকৈ থাদা কাঙজৈপুং শেমএ। ২৩নি থাঙজদা নান্দৈবা লাইকম লাকপনচিংবা পাঞ্জি পুম্নমক কোক্লংবা হল্লিনএ। পোযম্ভু থা নিংথৌবাবনা হনএ। ২নি লৈপাকপোকপদা পোয়ম্ভুগী সংক্রান্তি ওইএ। ৬নি নোংমাইজিংদা নাংমৈ থাহুনা মী থোমগৎলে। থাংকমপাৎ পনচাউ নাযএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা চন্দ্রগ্রহণ তৌএ। ৱাকচিং থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ২নি শগোলসেন্দা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। অদু মুমিংতা যুহাবাইএ। ফাইরেন থাদি ঈবাইনা হনএ। অদু মুমিংতা ফাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থাদি লংমাইচিংনা হনএ। লমতাগী সংক্রান্তিদুং ওইএ। থাশি লংমাইজিং অহিংদা চেকৌ মু এাঙ কিপ্পএ। শজিবু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ২নি লৈপাকপোকপদ য়ুন লামএ (বিষু সংক্রান্তি ওইএ)। লিকম'বা শ্রীথোনগী কুম শোক ১৭৩০। কালেন থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। হুমনি ঈরাইদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৭নি শগোলসেন্দা ইঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থা শগোলসেন্না হনএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থানিন নোং য়ুমশকৈশদা থা শানা যংএ। থবান থাদি লংমাইজিংনা হনএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা থবানগী সংক্রান্তি তৌএ। লাংবন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১২নি ঈরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাদি লৈপাক-পোকপনা হনএ। ১১নি ঈরাইদা ওবা লাকএ হায়দুনা শ্রীমহারাজ বাইবং পামহৈবনা লৈপাক পুম্নমকা লান চংএ। ১২নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৪নি য়ুমশকৈশদা অবা লাক্তরে হায়দুনা হল্লকএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি শগোলসেন্না হনএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়ম্ভু থাদি ঈবাইনা হনএ। ১০নি শকোনসেন্দা

পোয়ম্বুগী সংক্রান্তি ওইএ। থানিন নোং থাঙজদা চন্দ্রগ্রহণ তৌএ। ৱাকচিং থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। ১০নি য়ুমশকৈশদা লেন য়ামনা তাএ। ১২নি ঈরাইদা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ফাইরেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২নি য়ুমশকৈশদা শ্রীগোবিন্দজিগী ফুরা হৌএ। ৪নি ঈরাইদা কবোদগী উপাক য়ানবা চৎএ। ১৩নি নোংমাইজিংদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থা শগোলসেন্না হনএ। ১২নি নিংথৌকাবদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি য়ুমশকৈশদা ভূমিকম্প তৌএ। ১৩নি ঈরাইদা শ্রীমহারাজ নোংপোক বাইরং পামহৈবনা লমবু হাৎএ হায়দুনা খুনলেম নাএ। লান শুমএ। লাম্ভি মৈতৈ লম্বু লমচিংবা, কপুই শুমকাপোক ৩ মচিংবা ৯ কায়এ। শজিবু থাদি ঈরাইনা হনএ। ১৪নি নোংমাইচিংদা শিত সংক্রান্তি ওইএ। লোইতোংবা হুরিগী কুম শোক ১৭৩৮। কালেন থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। ১৬নি নোং-মাইজিংদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৬নি লংমাইচিংদা মহারাজনা লাই খোরিফাবা থুরম্বা চৎএ। শারিয়াংশিতা ইখরমপবু লাইগী লমনে হায়দুনা শামুমা চিংথেকএ। শারিয়াংশি, থৈজুবুং উরেনবুং ৩ মাদা য়োৎহিং য়ানলমএ। ১১নি ঈরাইদা লাই ঈশিং চাইবতা মহারাজনা শঙকায়এ। ১৭নি য়ুমশকৈশদা ইঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। অহু কুনিত্তা ইবুংশি কবোতাবা শিএ। ইঙেন থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। ২০নি নোংমাইজিংদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাদি শগোলসেন্না হনএ। ২১নি য়ুমশকৈশদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাদি ঈরাইনা হনএ। ২২নি থাঙজদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙৈ থাদি থাঙজনা হনএ। ২৫নি শগোলসেন্দা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি ওইএ। থাশি লৈপাক-পোকপদা মুনিংথু শানা কৎএ। পোয়ম্বু থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৯নি শগোলসেন্দা শিংবোনা শ্রীযুৎ মহারাজদা সনাগী তাংবন কৎলৈএ। অহু হুনিংতা লৈপাকপুম্বা মহারাবিদা চেকশীং য়ানবা চৎএ। থানিন য়ুমশকৈশদা থা শানা কৎএ। ২৪নি ঈরাইদা পোয়ম্বুগী সংক্রান্তি ওইএ। ৱাকচিং থা ঈরাইনা হনএ। ১৬নি থাঙজদা য়ুহাহাএ। ২৪নি থাঙজদা ৱাকচিংগী সং-ক্রান্তি হৌএ। ফাইরেন থাদি থাঙজনা হনএ। ২০নি শগোলসেন্দা শ্রীগুরুজি ঠাকুর লোই থাইএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা হাওবম পিবা শিএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ।

২৫নি য়ুমশকৈশদা লমদাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২৪নি য়ুমশকৈশদা কুম লোমএ। লাইশ্রম তাত্রসিংগী কুম শোক ১৭৩৯। কালেন থাদি শগোলসেন্না হনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা লাইশ্রবা শ্যামবামবু কালাবাক্লা ওইহনএ। ২২নি য়ুমশকৈশদা ফুরা লাইশঙ হোঙএ। ২৬নি নোংমাইজিংদা নিংথৌ শেনগে তৌএ হাম্বহুনা হাওবম মন্ত্রিনচিংবা মী য়ামনা হাৎএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থাশি ঈবাইদা হুমিংপু শানা ফংএ। ইঙা থাদি থাঙজনা হনএ। ৭নি ঈবাইদা ইবুংঙো মুংম্বাম্বনা চাওপোক শাযএ। থানিন ঈবাইদা লৌকংববু পাজিনা শিনএ। ২৮নি শগোলসেন্দা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। থাশি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাদি লৈপাক-পোকপনা হলএ। মলমাস ওইএ। ২নি শগোলসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ৮নি য়ুমশকৈশদা কৈ অমা ফাযএ। ১২নি ঈবাহদা য়ুহাহাএ। লাংবন থাদি ঈবাইনা হলএ। ৩নি নোংমাইচিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওহএ। ১৭নি থাঙজদা য়ুহাহাএ। মেরা থাদি থাঙজনা হনএ। ৩নি নিংথৌকাবদা য়ুহাহাএ। ৭মি শগোলসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। ১২নি লৈপাক-পোকপদা চেকশিন নাইএ। থৌগাঙ্গ লোমএ। ২০নি শগোলসেন্দা কৈশাম দামুবু শ্রীগোবিন্দজিগী সনা শেকপিন হুবা ফংএ। অহু মুনিত্রা শামু মচা লাবা অমা পোকএ। থাশি নোংমাইজিংদা হুমিংপু শানা ফংএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। ৬নি ঈরাইদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৪নি থাঙজদা য়াইথোংনা কৈ অমা ফাবকই। ১৬নি নিংথৌকাবদা লৈবাই ও মদা রামলিলা শান্নেএ। ২৬নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক য়াইরং পামহৈবনচিংমা মৈতৈ লৈবাক পুম্নমা ময়াং নাবা চংএ। ময়াং ঙমএ। লানভি নোকথিবথোনসিং, বামসিং ২মানচিংনা লান যামনা ফান্নএ। থাংচমচা রূপচন্দ্র লংমাইথেমপা লৈরিথোমপা ২মা শিবৌএ। ছুবাতুলি কোম্নুংদা থাক্লে তৌরমএ। ময়াং অচঙবা ১০০০ থোমলকএ। য়াকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৫নি থাঙসদা য়াকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ নোংপোক য়াইরং পামহৈপা ময়াং নারুপা থুংলৈএ। ২৫নি থাঙসতা থাগেম্বা হাক্তকী ময়াংনা থাক্লে তৌরম্বা ফুনচিনএ। শ্রীযুৎ মহারাজনা ময়াং নাথবিঙৈদা কাবোং, লাইথোং, য়াকচিং, মুংপাং থুমথোং অসি থৈপিকপু হাওনা চাইথাইতুনা মীয়াম হাৎখিএ। কাইরেন থাভি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৪নি থাঙসতা কাইরেনকি

সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থাক্তি ঈরাইনা হনএ। ৩নি লংমাইচিংতা লমতাকী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থা লংমাইজিংনা হল্লে। অতু হুমিত্তা লাই কৌপকনা নোংমৈ থাএ। কৌপারু হরাওএ। কোম্মুংকী য়োইপু য়োইহৈ পূয়ামা য়েংএ। ২নি নিংথৌকাপতা বিশু সংক্রান্তি ওইএ। লাইবিকরেংপা খেলনামকী কুম শোক ১৭৭০। ৬নি লংমাইচিংতা শচিকোইকী পালোক ওইএ। থাসি লৈ-পাকপোকপদা হুমিংপু শানা ফংএ। কালেন থাক্তি য়ুমশকৈশনা হমএ। ৮নি য়ুমশকৈশতা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থাক্তি শগোলসেন্না হমএ। ২নি ঈবাইতা শ্রীযুৎ নোংপোক বাইরং পামহৈপাকি স্না শজাই য়ুমকম লম অহুম হাংনা থোনতুনা কা ৭ শংইএ। উপাক মথক্তা স্না পূমনা লূপএ। কংলাম্বং মূমচাওম্বং নোংচুমশঙম্ব ইরুশঙম্ব উপাকনা কুপএ। স্নারুপএ। শজাই নোংপোক পাংপতা পুগ্রি ২ ত্তৌতুনা সনা হাংচ হৈনা হোঙএ। ১০নি লংমাইচিংতা ইঙাকি সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থাক্তি থাঙসনা হনএ। ১২নি য়নশকৈশদা ইঙেনকী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থাক্তি নিংথৌকাবনা হনএ। পূর্ণিমা লংমাইচিংতা থবানকী সংক্রান্তি হৌএ। লাংপন থাক্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৭নি য়ুমশকৈশতা লাংপনকী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থাক্তি শকোল-সেন্না হনএ। ১৭নি ঈবাইতা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙৈ থাক্তি ঈরাইনা হনএ। ১৭নি লংমাইচিংতা হিয়াংকৈকী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়ন্থু থাক্তি লংমাইচিংনা হনএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা পোয়ন্থুগী সংক্রান্তি হৌএ। বাকচিং থাক্তি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৭নি য়ুমশকৈশতা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ফাইরেন থাক্তি য়ুমশকৈশনা হনএ ২নি পানএ। ১৬নি শগোলসেন্তা ফাইরেনকী সংক্রান্তি হৌএ। লমদা থাদি শগোলসেন্না হনএ। ১৪নি য়ুম-শকৈশতা কবইকোন মঙ্গুং মপাম চেকনা কোয়বা থুংএ। ১৭মি থাঙসত্তা লমতাকী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থাক্তি ঈবাইনা হনএ। ১৬নি লংমাইচিংতা পিশু সংক্রান্তি ওইএ। বাকনপা হবিকী কুম শোক ১৭৪১। কালেন থাক্তি লংমাইচিংনা হনএ। ১৯নি শগোনসেন্তা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থাক্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২২নি থাঙসতা লৈবাই ও মাত্তা লাইনা লৈ থায়এ। ২৩নি নিংথৌকাবদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থাদি য়ুম-শকৈশনা হনএ। ২৩নি শগোলসেন্দা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থাক্তি ঈবাইনা হমএ। ২৬নি নিংথৌকাবত্তা থবানকী সংক্রান্তি হৌএ। লাংপন থাক্তি থাঙসনা হমএ। ৫নি শগোনসেন্তা থুনাম থুনকমপু কোম্মুং ওইকে

হায়তুনা উরোং থাদ্রনা লৈনাবা হৌএ। ১৩নি ঊরাইত্তা ক্যামকৈভশী হৌনা ছৈয়েন য়েনা লৌথোং ত্তৌএ। মখিং মাইবেনথোং থোনএ। ২৭নি শগোন-সেন্ত্তা লাংপনকী সংক্রান্তি হৌএ। মেবা থাভি নিংথৌকাবনা হুনএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপত্তা থা শানা কয়এ। ২৭নি নিংথৌকাপত্তা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থাভি মুমশকৈশনা হুনএ। ২৬নি নিংথৌকাপত্তা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়ন্থু থাভি শকোনসেন্না হুনএ। ৪নি নিংথৌকাপত্তা খুরায় চেকপন থোয়পা হৌএ। ১২নি নিংথৌকাবদা মুখিং তাবদা শভাইশেন পাইএ। ২৮নি মুমশকৈশদা পোয়ন্থুগী সংক্রান্তি হৌএ। অত্থু মুখিত্তা অবা লাইবাব থুংলৈএ। মুহাম্থু হাইএ। রাকচিং থাভি থাঙসনা হুনএ। ২নি পানবা লংমাইচিংত্তা অবা লাকএ হায়রতুনা খুবায় খুনকমদগী লৈপাক পুম্নমা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক মাইবং পামহৈবনচিংনা অবা নাবা চংএ। ৫নি লৈপাকপোকপত্তা অবা লাম শোরবা হৌএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা লৈপাক কায়এ। শ্রীযুৎ মহারাজতি ময়াংলম চেনখিএ। কম্পাত্তা চহী ৭ পাল্লমএ।

২৮নি শগোনশেন্দা রাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। কাইরেন থাভি লংমাইচিংনা হুনএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা পাখানয়োন, কানেষ্টন ২ মাকী লৌনম্না চা-কাপিয়াং শিজ্বনা ইপুংশি জযবু নিংথৌ খেমপিকে হাযনা হাওতকি কৌথরে। ইপুংশিগা লোয়নবা মৈত্তৈ খরা কুমলকএ। অরানা লৌনম তৌজ্বনা ইপুংশি জযমচিংবা মৈতৈ লখা ৩কা পুশিনখিএ। কানেষ্টনচিংনা অবা ২০০০ লৈপাক চাপা লৈরোএ। কাংচৈপুত্তা তেংকোন শাহ্লনা লৈরোএ। ২৮নি থাঙসত্তা কাইরেনকী সংক্রান্তি হৌএ। লমত্তা থাভি লৈপাকপোকপনা হুনএ। ২৮নি লংমাইচিংত্তা লমত্তাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থাভি মুমশকৈশনা হুনএ।

৬১

## মৈথিংঙু তাকু নিংথৌ ( হেরাচন্দ্র )

৩নি ঊরাইত্তা ইপুংশি হেরাচন্দ্রনা [1] থোংজাই হাওতকি কুমলজ্বনা মৈতৈ চাক চেনপা থোনজ্বনা তাকু তেংকোন লিংএ। থানিন নোং মুমশকৈশত্তা থা শানা কয়এ। ২৮নি লৈপাকপোকপত্তা পিশু সংক্রান্তি ওইএ। মোইরাং খেলেম্বকি

১। ইপুংশি হেরাচন্দ্র—মৈথিংঙ লাবন্তচন্দ্র মহারাজগী মচা ইবুংঙোনি।

কুমতি শোক ১৭৭২। ২৯নি যুমশকৈশদা শচিকোইকি পালোক ওইএ। বালেন থ'তি থাঙসনা হনএ। ২নি লংমাইচিংতা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৬নি ঈরাইতা অরা লৈপাকচাপপু [1] নাসে হায়না তম্নপাপু অনানা তারকুনা সৌপুবা, য়েনশাংহেকপা চংথোকত'র। চানপা লৈতবপকি মোইরাংতা কুনএ। ৯নি লৈপাকপোকপতা অরা ৫০০ লাকপপু ইপুংসিজ হেরাচন্দ্রনচিংনা অচোম স্বরুনাথননি, অকোইজম খমপা, এলাংপা অমু, মৈযেংপা শ্যাম, মোইরাংথেমপা লবঙ্গ মাথোম অসিনা অরা ৫০০ মাপু থুগাইরে। অরা ২০০ চাংলোএ। ১২নি ঈরাইদা ইপুংশিজ ইনচাওতাপা মাকলংলামদা তারকএ। মনাও ইপুংত্তো হেরাচন্দ্রনা ওকলুইএ। য়ামপুং লৈপাক অসিবু কবর য়া'ঙহনসিপনো হায়না কপনা সাওএ। ময়াম্মনা হংএ। খুংজু খুংলাই কবি লৈপা হায়পপতা শকোন ৫০ নোংমৈ ১২ মী ৮০০ অসি লৈএ। মরে নাসে হায়তুনা ময়াম্মনা পুব কপা শকোন ২ বরোন থাং ৫ নোংমৈ ৬ মমুং মনাওতা পীবে। ঐন্তি কানেউম্মা চংকে মনাবো অরা অসিপু অবেম্মা লৈতে যানপুংও হায়না থামপপু যা'তবে। ১৭নি যুমশকৈশতা ইপুংশি য়ুমজাও তাবনা [2] কানেউনতা চঙলকলে। কতাইতনী লাকপা হংএ। ঐদি নিংথেম য়া'ইমাকি [3] মচানে। লহান ইপা ইপুংচ্পুত্ম অরা নিংথৌনা শেমপিনকএ হায়না থুমলপতা নমিং ক'রি কৌপা হংএ। য়ুমজাও তাবা কৌএ। মী কয়া লাকপা খুংজু-খুংলাই কবি পুরকপা হায়রবপতা মী ৪ তানে খুংজু খুংলাইতি হাওনা থোমলোরে থুমএ। লৈও হায়তুনা মাকি তেংকোনতা কুমিং ৫নি লৈবে। ২১নি লংমাইচিংতা কানেরম্মা হায়এ। ঐখোয়ংি চাক চাতরে। ফৌ পুবরু হেরাচন্দ্রনা হাংএ নঙনচিংনা চংও হায়রপতা ঐ চংকে য়াবে। সেকমাইতা অরা ১০০ পুতুনা ফৌ পুকইএ। ২৪নি যুমশকৈশতা হল্লকএ। কানেরমনা হরাওএ। ঐকি মীচং ওইরে নিংথৌ শেমপিকে হায়রে। ইঙা থান্তি লংমাইচিংনা হনএ। ৩নি লৈপাকপোকপতা ইঙাকি সংক্রান্তি হৌএ। ৫নি ঈরাইতা কানেরম্মা ঐকি য়েক্কপতি হেরাচন্দ্রনে মাপু নাপা ওমলপতি নিংথৌ শেমলকে হায়রে। ইপুংশিজ য়ুমজাও তাবনা ঐ নাকে হায়রপতা কানেউম্মা

---

১। লৈপাক চাবা—লৈপাক তাকপা।

২। ইবুংশি য়ুমজাও তাবা—মৈদিংঙু ভমালেনথোবা মধুচন্দ্র মহারাজনা কোমলম চন্দ্র পারহুনা সনা য়ুমজাও তাবা পোকই—শপাই মশাং

৩। নিংথেম য়ায়মা—মধুচন্দ্র মহারাজ।

শকোন ৪০ নোংমৈ ২০ স্নাপে ২ কপা থাঙ ২ পীগ্না শানলকএ। হৈয়েনতা থুংলবে। হেরাচন্দ্রকা উনবে। য়ামপুং লাক্লপতি হাকনা ফকে। ঔবা ২০০ নাত্তি হাংথোকলে। মচিন মনাও নোংমা ফাইরে। ৭নি লংমাইচিংতা কোঙ্গুংতা কাবকএ। ইপুংশিঙ্গ য়ুমচাও ন্তাপাতি থোমপিতোক্তা তেংকোম শাইএ। মোইবাংথোমতা হেবাচন্দ্রনচিংনা তেংকোন শাইএ। ইঙেন থাক্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৪নি ঈরাইতা ইপুংশি হেরাচন্দ্রনা ককচিং তেং-কোনদগী অরাশিং ঙমনা হাৎএ। থরা চংখৎলকপসুং চাওপোক চিংচিনতা ঙমনা হাৎএ। ৫নি থাঙসতা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৭নি নিংথৌকাপতা ইপুংশি হেরাচন্দ্রনা শিংচৈ'পা তে কোন শাইএ। থবান থাক্তি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা থবানকী সংক্রান্তি হৌএ। ৭নি য়ুম-শকৈশতা অরা অমুপাশাপাংচিংবগা ইংশি হেরাচন্দ্রকা শোক্লরে। অমু-পাল্যপন্ মোইরাংথেমপা লপাংকন হাৎএ। লান ১০ কায়এ। নোংমৈ ২ লোডপা ১নচিংনা নোংমৈ ৫০ লোকএ অরাংলমতাসুং মক্কামপুংনা অমা কামন কাপ্পা ১নচিংবা লান ৫ কায়এ। কামন ১সুং থোমলৌএ। লাংপন থাক্তি ঊবাইনা হনএ। ৮নি ঊরাইতা লাংপনকী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থাক্তি লংমাইচিংনা হনএ। ৯নি নিংথৌকাপতা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াংকৈ থাক্তি নিংথৌকাপনা হনএ। ৩নি য়ুমশকৈশতা ইপুংশিঙ্গ মচিন মনাওনা অমা অসিপু করগ মুগ ই শাপনো হাবনা ৩ৱৈএ। ১০নি য়ুমশকৈশতা হিয়াংকৈকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি লৈপাকপোকপতা পাখানউমচিংনা অমা ১০০০০ ককচিং তাইএ। ২০নি ঊরাইতা ইবুংশিঙ্গ হেরাচন্দ্রনচিংনা থৌপান চিংয়া মাঙতা শোক্লপপু ঙনতরে। ইপুংশিচা মচিন মনাওনা শোক্লপা থা ৮ লে। ইপুংশিঙ্গ ২মাং তি ময়াংলম চেনখিএ। পোয়ম্ন থাক্তি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৯নি শকোনসেনতা পোয়মুক্কি সংক্রান্তি হৌএ: বাকচিং থাক্তি ঊবাইনা হনএ। ৯নি ঊরাইতা বাকচিংকী সংক্রান্তি হৌএ। ফাইরেন থাক্তি থাঙসনা হনএ। ৯নি লংমাইচিংতা ফাইরেনকী সংক্রান্তি হৌএ। অতু হুমিত্তা বানেউন পাখানউন ২মাম্ভুং মৈতৈ লখা ৩ পুতুনা অমা চঙখিএ। লাইকম লাসপা হুইত্রোনপা চুংনবু লৈপাক ঙাকহনহৈমএ। ১২নি য়ুমশকৈশতা তাকু নিংথৌনা খুংথোমহুনা লাইকম লাবপগা শোকনৈএ। ১৪নি ঊরাইতা মা য়ুমজাওতাপা মাকলং তাইএ। তাকু নিংথৌ, লাইকম লাকপা য়ুবন ২মাম্ভ ইবুংশি য়ুমজাও তাববু ৫বলুইএ। ১৬নি লংমাইচিংতা বোম্বুং চঙএ।

৬২

## মৈদিংঙু য়ম্‌জাও অবা

সনা য়ুমচাওবা নিংথৌ ওইএ। লমতা থাক্তি নিংথৌকাপনা হনএ। ৯দি লৈপাক্পোকপতা লমতাকি সংক্রান্তি হৌএ। শচিকোই থাক্তি লৈপাক্‌পোকপনা হনএ। ৯নি য়ুমশকৈশতা পিঙ সংক্রান্তি ওইএ। খোকচোম খুল্লিংকি কুম শোক ১৭৮০। ১০নি শকোনসেনতা শচিকোইগী পালেংক ওইএ।

৬৩

## মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ

২৬নি শগোনসেন্না ময়াংলমদগী ইবুংশি গম্ভীরসিংহ[1] খোকলকুমা নিংথৌ ওইএ। মচা ইবুংঙো য়ুমজাওতাবদি ঔবাবম চওখিরে। কালেন থা য়ুমশকৈশনা হলে। ৫নি ঈবাইতা থাংবাইপনতা সংবাই হৌএ। ৬নি নিংথৌকাপতা য়ুহারাইএ। ৮নি য়ুমশকৈশতা নিংথৌম হাঙ নাবা চংএ ১২নি লংমাইচিংতা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থাক্তি ঈবাইনা হনএ। ১৩নি য়ুমশকৈশতা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থাক্তি থাওসনা হনএ ১৫নি লংমাইচিংতা ইঙেনকি সংক্রান্তি হৌএ। থৌবান থাক্তি নিংথৌকাপনা হনএ। ১৭নি য়ুমশকৈশতা থৌবানকি সংক্রান্তি হৌএ। চাফ যাম্না তাওএ। মী যাম্না শিএ। পোংলোইবা ডমদে। খো শংকাই অনৌপেন লখা ১৫[2] শীএ। লংবন থাক্তি লৈপাক্‌পোকপনা হনএ। ১৯নি থাওসতা লাংবনকী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থাক্তি শকোনসেন্না চনএ।

৬৪

## মৈদিংঙু জয়সিংহ

২১নি লৈপাক্‌পোকপনা মেরাকী সংক্রান্তি হৌএ। অতু য়ুমিত্তা অহা মিংথৌমা ইপুংশিজ জয়পু নিংথৌ শেমলকপা থুংকৈএ। থৌপান মোইচিংতা নিংথৌ ওইএ। শঙাই শানা লৈএ। ২৫নি থাওসতা শ্রীযুৎ মহারাজ

১। ইবুংশি গম্ভীরসিংহ—বাজবি তাংচক্রগী মচা ইবুংঙো।
২। শেন লখা তরামন্না—শেন মথাম ১২০০০।

গম্ভীরসিংহদি ময়াংলম চঙবিএ। হিয়াঙ্গৈ থাক্তি ঈরাইনা হুনএ। ৬নি নিংথৌকাপতা মোইচিংতা ফুবা শাবা হৌএ। ৭নি ঈরাইতা পুখ্রনপা পণ্ডিৎপু কোন্নুংলেম্বুকি অরানা নওপমপা তিনকম লাইকম পুন্নমক শেংদোকহনলে। ১০নি নিংথৌবাপতা মহারাজ জয়সিংহ[১] মোইচিংদগী কোন্নুংলেনদা হোংকৎলে। মবুথৌশিংনা ভৌরম্বা থাইনগী লমচৎ ভৌএ। ১২নি বৃমশকৈশদা সনাখোঙ মমাঙদা কনগ্নুনা অবা অনা চাদ-থক্কবা খিবিকপু কৌ যেনবিএ। ২১নি শগোলসেন্দা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়ন্তু থাক্তি লংমাইচিংনা হুনএ। ২১নি শগোলসেন্দা পোয়ন্তুগী সংক্রান্তি হৌএ। বাকচিং থাক্তি লৈপাকপোকপনা হুনএ। ২১নি লংমাইজিংদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ফাইরেন থাক্তি শগোলসেন্না হুনএ। ২০নি নিংথৌকাবদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমদা থা থাঙজনা হুনএ। ২০নি যুমশকৈশদা লমদাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থাক্তি লংমাইচিংনা হুনএ। ২০নি শগোলসেন্দা বিস্ত সংক্রান্তি ওইএ। হাওপিজম হোংবগী কুম শক ১৭৮৪। ২১নি ঈরাইদা শজিফোইগী পালোক ওইএ। কালেন থাক্তি নিংথৌকাবনা হুনএ। ২২নি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থাক্তি যুমশকৈশনা হুনএ। ১০নি শকোনসেন্তা লৈকাই থুম্থাং ৪মা লম্বী মুংলবরু নিংথেম য়াওনা লম যেংভুনা লমগী শেমএ। ২৫নি ঈরাইতা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থাক্তি শকোনসেন্না হুনএ। ২৭নি নিংথৌকাপতা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থাক্তি ঈরাইনা হুনএ। ১৯নি নিংথৌকাপতা অবা নিংথৌগী লাইবাব নিংথেম কৌচিনপা থুংলৈএ। ২৯নি ঈরাইতা থবানকী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থাক্তি থাঙসনা হুনএ। ১৮নি যুমশকৈশতা নিংথেম জয়সিংহ অরা চঙখিএ। চহী ২ নিংথৌ ওইরনএ। নোংমা পানবা নিংথৌকাপতা লাংবনকী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থাক্তি যুমশকৈশনা হুনএ। সংক্রান্তিসুং হৌএ।

৬৫

## মৈদিংঙু যজ্ঞসিংহ নোংপোক চিংলেন খোম্বা

হিয়াঙ্গৈ থাক্তি শকোনসেন্না হুনএ। ২নি ঈরাইতা হিয়াঙ্গৈকী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিন্তা অবা নিংথৌনা ইবুংশি যজ্ঞ[২] সিংহপু মৈতৈ

১। জয় সিংহ—সনা নওপাইবী মচা কুঞ্জলানন্দনা অহৈবম চঙ লৌদুনা ইবুংশি জয় লৌকপুবন জাগৎনবা পোকই। ঔরাদা চঙলে।

২। ইবুংশি যজ্ঞ—ভাগ্যসিংহ মোংচুপ লমগাইজমনা থাংজম চঙ হরিপ্রিয়া পাম্বুনা ইবুংশি যজ্ঞ নোংপোক চাংলন খোবা পোকই।

নিংথৌ ওইকবো হায়না নিংথৌবু পোলোই মখোং তুনা শকোন ঃ শাম্ ২ নোংমৈ ৫০ তা ৫০ অমা নিংথৌকী খুৎত থাভ মা তম্ফা খিনপা ১ কপা থাভ ২ সনাপে ৩ সনা তাংপন ২ লাম্মী ১০০০ অসি লোয়নতুনা থাদিন নোং শকোনসেন থুমিংতা কোয়ুং চঙতুনা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক চিংলেন খোমপানা চহি ৩০ দা নিংথৌ ওইএ। শ্রীযুৎ মহারাজ ময়াংঙমপা হাকথক্তা ঊরা নিংথৌনা পুজা তৌকে হায়না কৌচিনখিবা শ্রীঅধিকারি ময়ুমকি শ্রীগুরু নন্দন ঠাকুর, শ্রীঠাকুর কোনোক কাস্তো হত্তপা ২মাক্সং পিতাই তৌতুনা শ্রীযুৎ মহারাজকা লোয়নবকএ। পোয়ম্ থা ২নি লংমাইচিংতা পোয়মকী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি শগোনসেম্বা হেবমখী দেশতা (ময়াং নৈপাক্তা) লৈনিবা ইপা ইপুংঙ্বু নিংথৌ ওইহনজে হায়তুনা ইবুংঙো পাখংপপু ঐনা চদা লৈপাক্তা খুরুমজপপু পুকনিং থুংলে, ইপা ইপুংঙ্পু কৌথোকলুও হ'য়না শীঈএ। ১১নি শগোনসেম্বা ময়ুথৌ পাখংবমী তিনখুন-লাইখুন তিনফম লাইলম খৈগিক লিংখংপা হৌএ। মাকচিং থাতি নিংথৌবাবনা হনএ। ৫নি ঊথাইতা পাবেংবা থুনৌ পুলেন ২না মায়এ। ঙমএ। শামুক ইবোই খোমলকএ। কৌয়ুং যাম্না পুববএ। যৌ শংপাই ১মা শেন লখা ৫[১] পীএ। আপোন অনা চাদ থক্তবা খৈবিক্তা শ্রীযুৎ মহারাজনা মখোড়তা ফমতুনা চেং গৌ খেনপিএ। কাইনেন থাতি যুমশকৈশনা হমএ। অতু থুমিজা সংক্রান্তি ওইএ। ২নি শগোনসেম্বা শগোলসেম শোইপাইনা ঊরা চেংগং থুন্দগী সনামহী পুনকএ। শরোং লৌদা মনাপৌ ৫ পীএ। ৩নি ঈরাইতা লাইমনাই হায়চি নায়এ। শম্বং ইবোই খোমলকএ। যৌম্বং মাম্না পুথৈএ। লমতা থাতি ঈবাইনা হনএ। ২নি থাঙসতা লমতাকী সংক্রান্তি হৌএ। ঈরাই থাশিতা পিম্বু সংক্রান্তি ওইএ। অশাংপম হাওচৌকি কুম শক ১৭৪৫ থা অহন নোং থাংসতা শজিকুকী পালোক ওইএ। কালেন থাতি লং-মাইচিংনা হনএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা কালেনকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৪নি ঈরাইতা ময়াংতকী শ্রীমজা ইবুংঙ্ রাঘবসিংনচিংমা[২] মী ১৫৬ থুংলৈএ। ইঙা থাতি লৈপাকপোকপমা হল্লে ২নিসু পানএ। ৬নি থাঙসতা ইঙাকী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থাতি যুমশকৈশনা হনএ। ৩নি ঈরাইতা ময়াংতকী

১। শেন লখা ৫– শেন মথায় ৫০০০।

২। রাঘব সিংহ—ভত্রসিংনা থাংজম চহ্ পায়তুনা পোকপা ইবুংশি মতুনা লিকমাবর চহ্ পায়তুনা রাঘবসিং পোকই।

লাইবার থাওরোইচামপা পিনি থুংলৈএ। ৮নি লৈপাকপোকপতা ইঙেলকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি লংমাইচিংতা ইপুংশি সেনাপতি অবা চঙখিএ। থরান থাক্তি শকোনসেন্না হুনএ। ২১নি লৈপাকপোকপতা অবা লাইবাব থুংলৈএ। ১০নি থাঙসতা থবানকি সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি ঈরাইতা মুংচেং মপন্থা কৈ ১ কায়এ। কৈযাংথেকএ। পানা ৪মা কৈ ইব্রেএ। লাংবন থাক্তি ঈবাইনা হুনএ। ১১নি লৈপাকপোকপতা লাংপনকী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থাক্তি লংমাইচিংনা হুনএ। ১২নি শকোনসেন্থা মেরাকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি লংমাইচি তা যুম্বাবাইএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা মৈদিংঙু কালোক রাইবং পামহৈপানা[১] খিংলমপা তুবেল কাংএ। লংমাইচিং থাখিতা শ্রীযুৎ মহারাজ নোংপোক চিংলেন থেংমপা নোঙ্গাইএ কমপান্থা চহি ২ পাম্মএ। পুনশিক্তি চহি ৫৫ নে মংলেনতা পোংলোইএ।

## ৬৬

## মৈদিংঙু রাঘবসিংহ

হিযাঙ্গৈ থাক্তি নিংথৌকাপনা হুনএ। অতু মুংন্থা শ্রীমচা ইপুংঙু রাঘব সিংহনা চহি ১৬ তা নিংথৌ ওইএ। ৩নি যুমশকৈশতা এযাংগকী এপা ইবুংঙা শ্রীযুৎ নোংচুপ লমকাই ঙমপা[২] থু লৈএ। ৬নি লংমাইচিংতা শ্রীযুৎ মহারাজ রাঘব সিংহ থৌপান কুমএ। ১২নি থাঙসতা হিযাঙ্গৈকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি নিংথৌকাপতা থংজিংদগী শভাইসেম পাইএ। থানিন নো লৈপাকপাকপদা চন্দ্রা পোনতা লাইথোকএ। ১৬নি যুমশকৈশতা বাকচিংতা মোইরাং চন্দ্রবদোন শিএ। ১৮নি ঈবাইদা নিংথেম রাঘবসিং ২ তহং চঙখিএ। ২৩নি লৈপাকপোকপতা নিংথেম রাঘবসিংহ ওংলকএ। ১৯নি থাঙসদা নিংথেম চন্দ্রবদন মতু খুনতোংপী খুনকোইনৈএ। পোয়হু থাক্তি যুমশকৈশনা হুনএ। ৬নি নিংথৌকাপতা লৈশাংখোংতকি কৈ ১ কাবকএ। ১২নি নিংথৌকাপতা পোযহুকী সংক্রান্তি হৌএ। অতু মুমিত্তা অবাঙকি ইপুংশি তখেং ইপুংশিচা কুনো[৩] ২মা থুংলৈএ। ১৩নি লৈপাকপোকপতা অবা পখেপ সেনাপতিন-

১। কালোক রাইরং পামহৈবা—চৌরজিৎ মহারাজ।

২। নোংচুপ লমকাই ঙমপা—মজিৎ মহারাজ।

৩। ইবুংশিচা কুনো—মজিৎ মহারাজ নোংচুপ লমকাই ঙমপা ওইনাম চহ পামহুনা পোকপা মচা ইবুংঙো।

চিংনা মযাং নাককে লাকপতা শ্রীনিংথেম ৰাঘব সিংহৰ্ মন্নাং নামানসে হায়না হন্নকএ। ৰাকচিং থাক্তি ঈৰাইনা হনএ। ১১নি লৈপাকপোকপতা নিংথেম পখেপ ২মা মন্নাং নাবা চঙখিএ। ২০নি শকোনসেন্দা ইবুংশিজা তথেং ইপুংশিজা কুনো ২মাখি মন্নাংদা শিলা ওইএ। লাইপাৰ চৎপদনে। অদু মুমিত্তা ৰাকচিংগী সংক্রান্তিস্থ ওইএ। ২১নি মুমশকৈশদা মুহারাইএ। ২৯নি ঈৰাইদা শঙাইশেল পাইএ। ফাইবেন থাদি লংমাইজিংনা হনএ। ৯নি নিংথৌকাপতা নোংচুপনা নোং থাকএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা মন্নাংদগী নিংথেম থুংলএ। অরা লিশিং অহুম শিন্নকএ। ১২নি শগোন-সেন্দা ফাইবেনগী সংক্রান্তি হৌএ। পাখেপস্থ ঙৱা চঙখিযে। লমদা থাক্তি নিংথৌকাবনা হনএ। ৪নি ঈৰাইদা মুহারাইএ। ৬নি লংমাইচিংতাসু মুহারাইএ। ১২মি ঈৰাইদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শক্তিবু থাদি মুমশকৈশনা হনএ। ১৩নি লংমাইচিংদা বিশু সংক্রান্তি ওইএ। তাংখম থাইপাকী কুমদি শক ১৭৪৬। ১৪নি নিংথৌকাবদা শচিকোইগী পালোক ওইএ কালেন থাদি ঈৰাইনা হনএ। ১১নি লংমাইচিংদা শ্রীযুৎ মহারাজ ৰাঘবসিংহনা নৈতৌলনা নিংথোনস্থগা ফমপান কাযএ। অদু মুমিত্তা শকোনমানা ৫৭ ১ ফাবকএ। খৌপান্নসুং কৈ অমা ফাবকএ। ১৫নি শগোনসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থাদি থাঙসনা হনএ। ১৭নি লংমাইচিংদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৯নি শগোনসেন্দা ইঙেন থাগী সংক্রান্তি হৌএ। থৱান থাদি লৈপাক-পোকপনা হনএ। ২০নি লংমাইচিংদা থৱানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থাদি মুমশকৈশনা হনএ। অদু মুমিত্তা ওইনা খাপম লাকপনা অৱাঙা মন্নাং৩কী পোকমিন্নবকএ। ২২নি মুমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থাদি শগোনসেন্না হনএ। ২৪নি থাঙসতা মেরাকী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গ থাদি থাঙসনা হনএ। ৬নি ঈৰাইদা মুহারাইএ। ২৪নি নিং-থৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়ন্থ থা লংমাইজিংনা হনএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা অৱাগী অভোৰুন সেনাপতি ২নচিংনা মন্নাং নাবা চঙখিএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা অৱাগী সাৱাউন তম্পাক তাইএ। ৫নি লৈরমলপকা খৌপান ক্যাম লৌপুক্তা শিএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা পোয়ন্থগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু মুমিত্তা মন্নাং নাকপা অভোৰুন ২মানচিংনা চেন্নকএ। অৱা ৪০০০ শিরৌএ। পোয়ন্থ থাদি নিংথৌকাবদা মুমিংপু শামা ফাএ।

রাকচিং থাক্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২নি যুমশকৈশদা অতোংউন সেনাপতি ২মাকা শ্রীযুৎ মহারাজ রাঘবসিংহগা লোয়ননা অরাদা চঙথিএ। কালে নিংথৌনচিংনা কোম্বুংদা অরা ৫০০ গা লোয়ননা লৈপাংবচাপা লৈরেৌএ। ২৩নি যুমশকৈশদা রাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ফাইরেন থাক্তি শগোনসেম্বা হনএ। ২৪নি ঈবাইদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমদা থাক্তি ঈবাইনা হনএ। ২৪নি লংমাইজিংদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থাদি লং-মাইজিংনা হনএ। থানিন নোং লংমাইজিংদা কালে নিংথৌপু শোমশোক নিংথৌনা লৈপাকচাপা শিললৈএ।

৬৭

## মৈদিংঙু নোংচুপ লমগাই ঙম্বা ( ভদ্রসিং নিংথৌ থাবা )

২৪নি নিংথৌকাবদা পিশু সংক্রান্তিওইএ। মতু তুংগী শ্রীযুৎ মহারাজ নোংচুপ লমকাই ঙমপা[১] চহি ৭১ দা নিংথৌ ওইএ। ওইনাম বলরামগী কুম শক ১৭৪৭। ২৫নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী পালোক ওইএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ইঙা থাক্তি শগোনসেম্বা হনএ। ২৫নি ঈবাইতা শ্রীগম্ভীরসিংহ চিংলেন নোংড্রেন খোমবা মহারাজনা কিকিংকি ১গা লোয়ননা মাকলং তাইএ। ২৫নি থাঙসতা অরা লৈপাকচাপা লৈরমপাপু তকথোক্লুনা চেনথিএ। লানতি শমশোক নিংথৌনে চৌবিথমকালেনপানে ২মানচিংনা লানতি ২৫ কাবৌএ। শ্রীযুৎ মহারাজ নোংচুপ লমকাই ঙমপানা চহি ১ নিংথৌ ওইরমএ।

৬৮

## মৈদিংঙু চিংলেন নোংড্রেন খোমবা

২৬নি লংমাইজিংতা শ্রীযুৎ চিংলেন নোংড্রেন খোমবানা চহি ৩৯ দা নিংথৌ ওইএ। তমা য়ুম্বাবাইএ। ইঙা থা ২ ওইএ। অকোনবগী ইঙা থা ঈরাইনা হনএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা শ্রীপঙ্কবুক চিংলেন নোংড্রেনখোম্বা

১। মহারাজ নোংচুপ লমকাই ঙম্বা—গম্ভিরসিংহ মহারাজগী মচা ইবুংঙো তৌরামশাই সেনাপতিনা মোইরাংথেম চন্দ্র পোংলেনখোবী পামহনা পোকপা মচা ইবুংঙো।

মহারাজ ময়াংতা হনচিনখিএ। শ্রীইপুংশিজা নরসিংহ সেনাপতিবু লৈপাক-ঙাকপা থমলমএ। ইঙেন থাদি থাঙসনা হনএ। ঈশিং য়ায়া চাওএ। ১৫নি ঈবাইদা য়ুহারাএ। থাশি লংমাইচিংতম্ব য়ুহায়াইএ। থরাম থাদি নিংথৌ-কাবনা হনএ। ২নি য়ুমশাকৈশদা ঙৈরা লাইপাম ১২ থুংলৈএ। লাংপন থাত্তি য়ুমশকৈশনা হনএ। মেরা থাত্তি ঈয়াইনা হনএ। ৮নি ঈয়াইদা শ্রীলংমাইথেমপা বৃত্তি শিজমপুং মাকলং তাইএ। থানিন ঈয়াইতা থা শানা ফংযে। হিয়াঙ্গৈ থাত্তি থাঙসনা হনএ। ৯নি লংমাইভিংদা শ্রীপঙ্কযুক্ত চৌংলেন নোংত্রেন থোমপা মণবাজনা ফিবংকি ১মাপা লোয়ননা মাকলং তাইএ। ১৩নি ঈবাই মুম্রিয়া কোম্বুং চঙএ। শ্রীপঙ্কযুক্ত মহারাজনা ভিক্টবিয়া পল্টন ৪মাপু চাকপীচৈএ। য়ুহাবাইএ। ১৪নি থাঙসতা থৌপান কুমএ। ২০নি ঈয়াইতা শ্রীইপুংশিজ সেনাপতি ঙৈরা নাপা চৎএ। পোযম্বু থাত্তি নিংথৌকাপনা হনএ। ৫নি ঈয়াইদা শ্রীপঙ্কযুক্ত মহারাজনা ঙৈরা মাবা চৎলে। ১০নি য়ুমশাকৈশদা শ্রীইবেম্মা মাইম্না ভাগ্যশ্রী বিষ্ণুপুরদা থুংলৈএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা তুমুতকী অদা তেংলোনপু ৫নি শোরুতমা তেঙ্গোন কোয়না থমলবা ঙৈন অতাং চেনখিএ। লানত্তি শোমশোক নিংথৌ শোইমাওলাম-চিংবকা ককাংকাখমপা পল্টন বালে নিংথৌ পোইযোং অথৌপাকা মমানচিংমা ৩০ ফাযএ। লেপ্টন কামাব থুখোং মক, চেংকৈ, ফৌকৈ, ঙাকৈ, থুমকৈ, ফিবোন, সনা, লুপা কোনলিক, যেং, থাঙ মশাং যায়া লোকলকএ। শোম-শোক নিংথৌকী কোম্বুং থুকাইএ। ইংবি মপাম্বা ফিবান য়ুংতুনা ইংথিশী মাখ লোই চনলমএ। ইয়োই ৫০০ শকোন ৫ লোকলৌএ। মৈতৈ যায়া পুবকএ। বাকচিং থাত্তি য়ুমশাকৈশনা হনএ। ৬নি নিংথৌকাবদা শ্রীপঙ্কযুক্ত চৌংলেন নোংত্রেন খাস্য অরা নাকপা থৌপান্দা থুংলৈএ। থানিন য়ুম-শকৈশতা শ্রীযুৎ মহারাজ বিষ্ণুপব কাম্বুং চঙএ। ১৮নি থাঙসতা শ্রীমাইয়াম অহল্লুপ লাকপা শ্রীচুইবিয়া পুরনপা ২মানচিংনা লুবাংলোন হাও নাবা চৎএ। ২০নি নিংথৌকাবদা লুবাংলোন হাওথুন থুবাইএ। লানত্তি থুনপু লেংয়াননে হাওমু লাবানমুনে ২মা কায৭। ইয়োই ২০, নাই ১০, কৌপোৎ ১০০০ থোমলকএ। ২৫নি ঈবাইতা শ্রীঅচৌইপা লাইকম লাকপনা মামফৌ হাও থুকাইতুনা কৌপোৎ ১০০০ পুথৈএ। কাইরেন থাত্তি শগোন-সেনা হনএ। ১১নি নিংথৌকাবনা ময়াংলমপম বিসন্তবনচিংনা মৈতৈ তেঙ্গোল অপুম্বা মানফৌ হাও নাহৌএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা ঙৈরা

লাইপাম ৮ থুংলৈএ। ২৯নি শগোনসেন্দা নোংশিং যাম্না শিংএ। উচাও, বাচাও তেকএ। লমতা থাত্তি থাঙসনা হনএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা বিষুসংক্রান্তি ওইএ। সোইশম খুলিংকী কুম শক ১৭০৮ ৫নি যুম-শকৈশদা শচিকোইকী পালোক ওইএ। ১৩নি শগোনসেন্তা শ্রীপঞ্চযুক্ত চীংলেন নোংত্রেম খোমপা মহারাজগা ইবেম্মা শ্রীথৌরু ৬চম চম্বুকা লুহোংএ। শ্রীইপুংশিজ সেনাপতিসুং খৌরাওচম চম্বুকা লুহোংএ। হাওমচা লোয়শং মৈ চাকএ। ২০নি যুমশকৈশতা বিষ্ণুপুর চীংতোন্দা শঙকাই হোৌএ। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৪নি শগোনসেন্তা ঔবা লাইপাম থুংলৈএ। ৮নি নিংথৌকাপতা ঔবা লাইবাব ফমকাযএ। ১৭নি থাঙসতা শ্রীইপুংশিজ সেনাপতি গঙ্গা চঙথিএ। থানিন লংমাইচিংতা থা শানা ফএ। পুম্না উমএ। ২২নি লংমাইচিংতা শ্রীপঞ্চযুক্ত চীংলেন নোংদ্রেনখোমপা মহারাজনা অবানা বাযেন তৌরমএ হায়তুন লৈপাক পুম্না প্রায়শ্চিৎ তৌএ। ইঙা থাত্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১০নি শকোনসেন্তা কোন্নুপা ইন্দ্রসিংহ জমাদ্দারনা শ্রীযুৎ ননাযাইং সুমতন কাতাং হুইবি, তমকপু কোথাইএ। ইচেনচুংলৈ ৩ লাইফি ৩ কংলৈএ। শ্রীযুৎ মহারাজনা ফনা চি ৩ থোং ৬০ থুমপোং ৩ পীথিএ। ২১নি লংমাইচিংতা শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর চীংলেন নোংত্রেন খোমপা মহারাজগা ইপেমা অপানবী যাওনা থাঙদা হৈ চানপা কুমএ। ইঙেন থাদি শকোনসেন্না হনএ। ৫নি নিংথৌকাপতা শ্রীলংমাই-থেমপা মুংনাংখোমপা অঙোপানপা ওইহুনা অভিষেক তৌএ। কল্লোকীর্ত্তন শকএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা ময়াংদগী চৈতন্যনিত্যাই থুংলৈএ। ১৭নি ঈবাইতা ময়াংদগী ফিবিংফি সাহেবকী মতু নিবি থুংলৈএ। ২৯নি যুম-শকৈশতা ফিবিংফি মতু নৈতৈ চম্বুনা মচা মুপা অমা পোকএ। থবান থাত্তি ঈমাইনা হমএ। ২৯নি ঈবাইতা ঔবাতাকী কবো থবিনা লোই হাবৈএ। লাংবন থা লংমাইচিংনা হনএ। ৭নি ঈমাইদা কবো লোইহাপোংপু শ্রীপঞ্চযুক্ত মহারাজদা থুরুমলৈএ। ১০নি নিংথৌকাবদা নৃত্যশালা শঙকাইএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা থামপাং লাইপাম থুংলৈএ। ২৬নি যুমশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজনা লৈমতাক্তা হিয়াং যেংপা চংএ। ২৯নি থাঙসতা হিয়াং যেংপা থুংলৈএ। মেরা থা নিংথৌকাপনা হনএ। ১৩নি ঈগাইদা শ্রীযুৎ মহারাজনা ডাকাচেং হাও মাপা চংএ। হিয়াঙৈ থা যুমশকৈশনা হনএ। ৫নি থাঙসদা শ্রীযুৎ মহারাজনা ডাকাচে থুগাইতুনা লানডি মহুইরেংনা চিনথিথানিকনগী

কৎলে। অঙম্বা পুন্নমক্তা লশিং কাইরেন[1] য়েনএ। কাইবেন থাক্তি লংমাইচিংনা হনএ। অতু মুমিত্তা অচোইপা শ্রীলাইকম লাকপনা কবুই লোইশাং পুন্নমা লোইথোকপা চংএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা মোইরাং নিংথৌ থিনথৈএ। ৪নি মুমশকৈশতা শ্রীইপুংশিজ নব সেনাপতি থোনলাং হাও নাপা থুংলৈএ। ৫নি শগোলসেন্দা ইবেম্মা অপাম্বীম্বী মাংগোল হৌএ। ৮নি লংমাইচিংতা শ্রীইপুংশিচা সেনাপতি খাগী হাও মাপা চঙখিএ। ১০নি লৈপাকপোকপতা সোমতন্ হাওনা সিফাই ৫ হাও ৫ হাৎএ। ১১নি মুম-শকৈশতা হুইবিযা মেনজোর পুগ্রনবনচিংনা অবাং লমতা হাও তাকপা চংএ। অতু মুমিত্তা লংমাইথেমপা শ্রীনোংথোমপানচিংনা নামফৌ হাওদগী শন্দং ২০ শেন লখা ৩০০ শেনপুং শেনমন নাই লোইহাপোৎ পুন্নমা পুরক্কুনা শ্রীযুৎ মহারাজতা কৎলৈএ। খোংজাই হাওনা নাই ১, চাংশেন্না শকোন লাবা ১ কৎলৈএ। ১৩মি ঈবাইতা শ্রীযুৎ সনা মাথং অশেবা স্বপিতানতা হায়দোক্তুনা ওইনাম কৈথেন (শেমহনএ) কাহনএ। অতু মুমিংতা মেগজিৎ চেকশঙ হৌএ। থানিন লংমাইচিংতা বিষ্ণুপুর কোম্নুং লমবী শেমএ। অতু মুমিংতা ফিবিংকিস্তুং অবা লম যেন্নদা থুংলৈএ। ২০নি ঈরাইতা ইপুংশিজা সেনাপতি খাকী হাও নাকপা থুংলৈএ। শন্দং নাই যাম্না শ্রীযুৎতা কৎলৈএ। ২২নি লংমাইজিংদা শ্রীযুৎকী মমা ইবেম্মশিং ময়াংতকী থুংলৈএ, খমোন হজবম্নুং থুংলৈএ। ২৬নি শকোনসেম্বা খাকী হাওজকী শনতং ৪ শকোন ১ কামাও লংহুম মানবী ১ খুৎতোং ১ শেনপুং ২ হাওকো লোয়নবা শ্রীবাংখৈবাকপা অমু স্বপিতাবনা কৎলৈএ। ২৮নি থাঙসতা চোইথাব, হাইচুম, লমলাং, খুমথক ৪মানা শম্ভুং ৭ ইবোই ১ চুং ১ তা ১, থাঙ ১, পুং, ফিস্তুং কৎলৈএ। শ্রীযুৎ মহারাজনা খুম্বকী খুম্রাকপতা ফরাংচি অমা মপাদা নোংথৈ পবেং ১ থুমনামা[2] ১ তৌরাতা ফবাংচি ১ পাওখোন চংপা ৩মাদা লাইফি ৩ হাওথুন পুন্নমতা শন্দং ১ থুমথোং ২ ফিবান ১ পীমখিএ। হি-য়াই নোংমৈ, থাঙ তা মচুম থকহনএ হুইবিন থংনৈএ। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। অতু মুমিংতা অচোইপা লাইকম লাকপনা কপুই হাও কাইকী মথৈ লোই থোকপা থংলৈএ। মীনাই মুপা ৩৫ ইরোই ১৭ শ্রীযুৎতা কৎলৈএ। ১৪নি নিংথৌকাপতা শ্রীযাম্বেবা রসমোন স্বপিতারমা

১। লশিং কাইরেন—দশিং পোলাং, পোন অচৌবা।

২। থুম নামা—খুথোন নামা, খুম মপাক চামা।

কোংয়াংলোক্তগী হিরেন চিংপা থ়ংলৈএ। ২৫নি শগোনসেন্তা পাম্না ওমাকী শগুলেন মৈ চাকএ। শজিবু থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৬নি নিংথৌকাপতা শ্রীনিংথেম ময়ুমকা শ্রীঅঙোম ময়ুমকা কাংচৈ শারেএ। শ্রীইপেন্মা অপানবী-মচিংনা য়োইপু য়োইহৈ পুন্নমক কুইস্নে য়েংএ। নিংথেম ময়ুমনা ভমএ। ইবেম্মশিংস্মু চকোই শাইএ। পুং শেন রৈএ। অঙমপা মতুনা ইপেন্মশিংদা পোৎ লালএ। ৮নি যুমশকৈশতা শ্রীমহারাজনা শকোনমাংতা লম য়েংপা চৎএ। ৯নি ঈবাইতা শ্রীযুৎ মহারাজ সম্না য়াথং সৌকাই চামপা নিংমান্দা হায়দোক্নুনা ইরেংবমদা কৈথেন কাহনএ। অতু হুমিত্তা শ্রীযুৎ মহারাজ লম য়েংপা থ়ংলৈএ। ১১নি লংমাইচিংতা শ্রীযুৎ মহারাজনা শেন চাইবীএ। তাংকা ২০না কৈথেন্তা থোকপা পোৎলম খৈবিক মমল মতিক চক্লা লৈএ। ১৩নি লৈপাকপোকপতা শ্রীনিংথেম ময়ুমকা অঙোম ময়ুমকা কাঙচৈ শারহনএ। নিংথেম ময়ুমনা ভমএ অঙোম ময়ুম্না তম্না রাশা শাইএ[১]। ১৪নি যুমশকৈশতা ময়াংতকী মৈতৈ ললোমপানা বণ পুথোকলকপপু শ্রীযুৎ মহারাজনা লৈতুনা সিফাই পুন্নমক্তা য়েনবীএ। ১৬নি শকোনসেন্তা বিষু সংক্রান্তি ওইএ। মৃতুম থোম্বগী কুম শক ১৭৪৯। ১৭নি ঈবাইতা শচিফুগী পালোক ওইএ। ১৯নি লংমাইচিংতা ময়াংতকী শ্রীঠাকুর সিদ্ধান্ত থুংলৈএ। বালেন থাত্তি ঈবাইনা হনএ। ৪নি নিংথৌকাপতা শ্রীমাইস্নাম অহল্লুপ লাকপনা অহল্লুপ লাইফমকী তাম্না হি চিংবা থ়ংলৈএ। ১০নি লংমাই-চিংতা শ্রীনিংথৌচামপা কৈকংপানা মাহারুপ থাপমকী তাম হি চিংপা থ়ংলৈএ। ১৬নি থাঙসত্তা কালেনকী সংক্রান্তি ওইএ। অহু হুমিত্তা ময়াংতকী শামু ২ থ়ংলৈএ। অহু হুমিত্তা স্না কাকোকপু নিংথৌশেনপা নিংঙোনপানা থোঙনা শোক্নুনা কৈতা শুমএ। ২৫নি লংমাইচিংতা বায়েন শঙ শঙকাইএ। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবতা তাংকা য়েনএ। শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর চৌংলেন নোংত্রেন থোমপানা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমক্তা বায়েন চুমপা ওইবস্নুনো হায়না বর নিএ। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমাম্না অকবা ওইবস্নুনো হায়না বর পীএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা শ্রীইপেন্মা মাইস্নাম চনু অপানবীনা মচাশিজ পোকএ। ব্রাহ্মণতা তাংখা[২] শন দান তৌএ। ২৯নি থাঙসতা চিংতাখনপা থাপম লাকপা শিএ। ইতা থাদি থাঙসনা হনএ। ২৪নি নিংথৌকাপতা শ্রীঅঙোম নিংথৌনা অবাং হাওতা কৌ থৌপা চৎএ। ২৭নি ঈরাইতা

১। রাশা শাবা—কোংবা। ২। তাংখা—শেন।

থুহারাইএ। ২৮নি থাঙসতা ইবেম্মা অপানবী থাঙদা ঙা চানবা কুমএ। ইঙেন থাভি নিংথৌকাবনা হনএ। অত্থু ভুমিংতা শ্রীমাইস্নাম অংগুপ লাকপা অবাং লম হাওতা ফৌ থৌপা চংএ। ৯নি লৈপাকপোকপতা শ্রীঅঙোম নিংথৌ কৌ থৌপা থুংলৈএ। ১৩নি থাঙসতা শ্রীযুৎ মহারাজনা লাংথপানতা লম যেংএ। ১৪নি লংমাইচিংতা অবা লম হাইপা ৮ কাবকএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ লনযেংপা থুংলৈএ। ২১নি থাঙসতা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাভি বুমশকৈশনা হনএ। ২৫ান ঈরাইতা শ্রীমহারাজনা পানা ৪মা লাংথবান্দা হিয়াং তান্নবা চংলে। লাংবন থাভি শগোনসেন্না হনএ। ১৩নি নিংথৌকাপতা হিয়াং শান্নবা শিঙ্কুপদা থুংলৈএ। যেবা থাভি থাঙসনা হনএ। ১০নি লংমাইচিতা শ্রীপঞ্চযুক্ত চীংলেন নোংদ্রেন খোমপা মহারাজনা লাংথবান কোম্নুংতা হোংথংলকএ। ১১নি নিংথৌকাপতা কোম্নুং চঙএ। ১৪নি শকোনসেম্বা শ্রীচৈতন্যনিতাই মচীন মনাও লাংথবান থুংলৈএ। ঈপেন্মা মাইস্নাম চমু অপানবীস্নুং থুংলৈএ। ১৬নি থাঙসতা শ্রীইপুংশিজা রতোনসিংগু মাকী সিনাশাতা শল ১ শিএ থুংলাইনা শোকএ কাযতুনা কুমকিদা লোই থাইএ। ১৮নি নিংথৌকাপতা লাংথবান কৈথেন অহনপা কাবা চৌএ। ২১নি ঈরাইতা ইপুংশি রতোনসিং মনাই পুম্নমা যৈত্তনা তংপপু লৈশাংথেমপা নন্দনা ঐনা হাংএ যাতুনা বাজদভি চৌএ। ২৩নি থাঙসতা শ্রীযুৎ মহারাজনা শ্রীক্ষি ওকপা যাত্রা চৌএ। ২৮নি লৈপাকপোকপতা শ্রীগোবিন্দজি একপা চংএ। মোনথা হাওপু চেংকোক কংগু হাযপা যাতড়না মথুন পুশাইএ। শেংচাই থুনবং ১০ মাস্নুং শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর চীংলেন নোংদ্রেনখোম্বা[১] মহারাজনা লোই চনলংএ। থাইবাকপা ইবেম্মা শ্রীগোবিন্দজিপু থুম্নরা মথলম্নুনা শ্রীগোবিন্দগা শ্রীযুৎকা শ্রীমহারাণীস্নু যাওনা হুমকএ। তোপ কামার ২স্নুং পুবকএ। হিয়াঙ্গে থাদি লংমাইচিংনা হনএ। ২নি নিংথৌকাপতা নোংচুপ লমকী থুম্নথবং রাম্না পাইথোকলকএ। ২৫নি নিংথৌকাপতা হিয়াঙ্গেগী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়নু থাভি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৩নি ভুমশ-কৈশতা শ্রীগোবিন্দজীনচিংনা শ্রীযুক্ত চীংলেন নোংদ্রেনখোম্বা মহারাজগা শ্রীমতী মহারাণীগা লোয়ননা চাইনপুংদা তাইএ। ৭নি লংমাইচিংতা শ্রীমতী মহারাণী লাংথবান কোম্নুং চঙএ। ৯নি লৈপাকপোকপতা লৈবাকী অঙম

১। চীংলেন নোংদ্রেনখোম্বা—গম্ভীরসিংহ মহারাজ।

অথোনচিংবা থানা থাবা মকম খুত্তিংতা গোবিন্দজীবু লাইশং শাইএ। নকু মুংএ নম্বী নম ৩ পাক্তা বিষ্ণুপুরতাকী লাংথবান কাওনা যামএ। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব লপ্নোইবা পুম্নমা মতম কুইনা থুকমপা ঙংতবপপু শ্রীগোবিন্দজিকী পদধুলিপ প্রেমকা লোয়ননা লৌচাইএ। মৈতৈ লৈপাক্তা লৈতবকী নাহাম্পী হমুনা নাম্বা মপী পুম্নমক্কা প্রেমধারা ইচেম্না থুতাং পিফম তৈতুনা মানা ১ শুম্বা পোংপু শ্রীগোবিন্দজীকী খুযাদা কংচাইএ। লৈ চাই দোলাই পুস্নেএ। থানা মকম খুত্তিংতা পুং করতাল কীর্ত্তন শকনা গন্ধপুষ্প ধুপ দীপ যাওনা লমপী লমশাং পুম্নমা কবোক লৈ চাইনা ওকত্তামএ। লাইকম শণ্ডলেন মনাঙতা মুম্মিতাং মুথক মতুংদা লাংথবান কোম্লুংদা থুংএ। শ্রীহরি মন্দিরদ চঙএ। ২০নি থাঙসত্তা ফিরিংগি সাহেব ৩ লাংথবাম্বা মমুন শাতুনা লৈপা হৌএ। অতু মুমিন্তা মখোই এমা হিম্নাং তোংএ। ২৬নি ঈরাইতা হিযাংঙ্গী সংক্রান্তি ওইএ। বাকচিং থাতি মুমশকৈশমা হনএ। ২২নি মুমশকৈশতা শ্রীমহারাজ চিংযাতা হৈ চানবা কুমএ। ২৫নি থাঙসত্তা শ্রীমতী মহারাণীনচিংপা। ইপেম্মাশিংমু যাওনা হৈ চানবা কুমএ। ২৬নি লংমাইচিংদা হনলকএ। ককযাইকী লোপুক্তগী শ্রীমহারাণীনচিংনা ইবেম্মাশিং পুম্নমানা কেংতোই হেকলক্কুনা শ্রীগোবিন্দজীদা কংএ। ফাইবেন থাতি ঈরাইমা হনএ। ২নি পানএ। অতু মুমিংতা শ্রীঅঙোম নিংথৌ থুমখোং শেম্বা চংএ। ৫নি নিংথৌকাবতা শ্রীমহারাজ শ্রীমহারাণী ইবেম্মশিংগা লোয়ননা কোম্লুং অনৌনপাতা উতোং চাক চানবা চংএ। তম্না হল্লকএ। ৯নি ঈরাইতা ফিরিংগি সাহেপ ওযানচিংনা সিফাই ৫০০ কা লোয়ননা অবা লম য়েম্নপা চংএ। ২৬নি নিংথৌকাপাতা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থাতি থাঙসমা হনএ। ৩নি নিংথৌকাপতা শ্রীযুৎ মহারাজগা লংমাইথেম নোংথোমপকী মচা ইপেম্মা লৈমথুনীগা লুহোংএ। অছু মুমিংকী অহাংতা মুহারাইএ। ১৩নি শকোনসেম্বা শ্রীজি লাইশং চেকনা কুপ্পা হৌএ। অছু মুমিংতা পুম্নিগী চেকপম কোইবাম্নুং হৌএ চিথেক ৪মাতা দলান শাইএ। ফিরিংকিম্নুং অবা লম য়েম্নপা চংলুপপু অবা লৈতে হাঙ্গতুনা হল্লকপা থুংলৈএ। ১৪নি ঈরাইদা থাকী সেকমাই খুল্লাকপা তোনপাপু শামু তোংদা থিমথৈএ। ২৫নি লৈপাকপোকপতা লমতাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮নি মুমশকৈশতা আদৈতবংশ গোষাই খোকলকপা থুংলৈএ। শজিবু থাতি লংমাইচিংমা হনএ। ২নি নিংথৌকাপতা খুইরাকপনা ফিরিংকি মতু লামতুনা তথ্দা

থাইএ। ৩নি লৈপাকপোকপতা আনন্দ গোবাই চংখিএ। শ্রীযুৎ মহারাজনা তাংকা ১০০০ কংখিএ। ৪নি য়ুমশকৈশতা শ্রীগোবিন্দজীতা নোংমৈ তোপ ৪মা শ্রীযুৎ মহারাজনা কৎএ। ৬নি ঈরাইতা শ্রীযুৎ মহারাজনা চন্দ্রখোং থেংপা চংএ। খুন শেমপীরমএ। শেকমাই থাপুন্নং শ্রীযুৎ মহারাজনা শ্রীগোবিন্দজীকী চক্ষু বাংলে নখোয়ন্তি থোপান্দোং ওইও হায় থাকএ। ৮নি মিংথৌকাপাতা খোং য়েংলুপা থংলৈএ। ১১নি শকোনসেন্তা যিয়িংফি সায়েপ ২মা ঔরালম য়েন্নপা চংখিএ। ২৭নি ঈরাইতা বিষুসংক্রান্তি ওইএ। য়াংলেম খুনচাওকী কুম শোক ১৭৫০। ২৮নি থাঙসা য়ুমিংতা শক্তিফুকী পালোক ওইএ। অতু য়ুমিংতা শ্রীপঞ্চযুক্ত বাইরং পামহৈপা মহারাজনা[1] শ্রীনবদ্বীপতা সিদ্ধপ্রাপ্তি ওইএ হায়পা পাও থংলৈএ। কালেন থাত্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৫নি থাঙসতা শ্রীযুৎ চীংলেন নোংত্রেনখোম্বা মহারাজনা খোপুম হাও নাপা শানএ। ১৩নি লংমাইচিংতা ঔরা লম য়েন্নপা চংপপু ঔরানা যাত্তনা নোংমৈ য়েন্নপে হায়তুনা হল্লকপা থংলৈএ। ১৮নি ঈরাইতা শ্রীমহাশয় ঠাকুর থংলৈএ। ২৩নি য়ুমশকৈশতা শ্রীযুৎ চীংলেন নোংত্রেনখোম্বা মহারাজনা খোপুম হাও থাইনা মমাংতা ভমলসওশা হাওপু চাইখাইএ। লানত্তি ভমখুই চায়াইনোং যোপাকা, চিনফি খানিবনপাকা ২মানচিংনা লান ৩৪ ফাইএ। খুন শেমপীরমএ। শ্রীনিংথৌজাম্বা হনি কৈরুংপাপু নিংথৌ লেমতুনা খোপুম খুনফমদা চিক হাওপু তাহনএ। শন্দং-ইবোই শেমপুং শেনমম যায়া খোমএ। ২৯নি নিংথৌকাপতা থংলৈএ। ব্রাহ্মণ্দা শন, ইবোই, শেনপুং য়েনবীএ। অতু য়ুমিত্তা কালেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ইত্তা থাত্তি যুমশকৈশনা হনএ। ১৮নি লংমাইচিংতা শ্রীযুক্ত চীংলেন নোংত্রেন খোম্বা মহারাজ শ্না যাথং শ্রীখুমপোং দেবকিশোর পাঞ্জি শঙলাকপা লৈমাপোকপা তানচৌ, পেব্যা নোবো ৩মানচিংনা তানযৈবাকী পুংজাপু ঘড়িগী পুংজাবা মামনা মৈহনও হায়তুনা পুংজা চুমা য়েপা হৌহনএ। ২৫নি থাঙসতা শ্রীযুক্ত মহারাজনা মোইবাং থংপা থাকি হাওবমতা খোইপুপা শিংচংতপা লাকএ হায়তুনা শ্রীধামাঙ্গিকী য়ুমতা চাত্রা তৌএ। থাশি শকোনসেন্তা ইঙাকী সংক্রান্তি ওইএ। ইত্তা থা ২ তুইএ। ইত্তা থা ১দি ঈগ্রাইনা হনএ। ৩নি নিংথৌকাপাতা খোইপুপা লাম লৈতে হায়তুনা হল্লকএ। ইত্তা থা ২ তুইএ। ইঙেন থাত্তি লংমাইচিংনা হনএ। ২নি নিংথৌকাপতা

১। বাইরং পামহৈবা মহারাজ—চৌরজিৎ মহারাজ।

ইঙেনকী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাক্তি নিংথৌকাপনা হনএ। ৪নি শকোনশেম্বা পবানকী সংক্রান্তি ওইএ। ১৫নি থাঙসতা শ্রীপঞ্চযুক্ত চীংলেন নোংত্রেন খোমপা মহারাজনা ওকখুন নাপা চাত্রা তৌএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা খুন থুকাইপা চংএ। ২১নি থাঙসতা খুন থুগাইএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা হুইনিং থুগাইএ। শ্রীইবুংশি সেনাপতিনা খোমথম হাও থুগাইএ। ২৭নি থাঙজদা শোমতন, কাতাং খুন ২মাপু শ্রীযুক্ত মহারাজ মাওনা সিফাই লুকপুমনামকা হুয়েন লানচংথিপপু হাওনা লাংফম য়ৈনা লুমডমতুনা খুংকা খুংকা ফংনা য়ান্নপপু লাম্মী পুম্নমা থোম্নাং হাওনা কান্নবদা শ্রীযুৎ চীংলেন নোংত্রেন খোম্বা মহারাজনা ম্না থাং শুতুনা লোলাই মথক্তগী চোংথতুনা ফুচিল্লকপতা হাও পুম্নমা কায়থিয়ে। লান য়াম্না কাইএ। লানতি শোংতন নিংথৌ য়ৌত্রোক্না ফাতাং নিংথৌ চমত্রাং অথৌপাক্না ২মাচিংনা ৫৬ কায়এ। ৭তি মকোক তুপএ। লাংবন থাক্তি মুমশকৈশনা হনএ। ২নি শকোনসেম্বা শ্রীযুক্ত চীংলেন নোংত্রেন খোম্বনা থাইনা মবোন মবোন খুদিংদা ঙমদবগা অরা হাও পুম্নমাপু লোই চন্নমতুনা লোই-হাপোং পুম্ননকা লোয়ননা কোম্নুংদা থুংলএ। ৫নি লংমাইচিংদা লাংপনকী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাক্তি শকোনসেম্না হনএ। ৭নি মুমশকৈশতা মেরাকী সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি থাংজা কাক তানপা মুমিংতা শ্রীইপুংশিজ সেনাপতি খোংচাইবম লান চংএ। ১৮নি থাঙচতা শ্রীযুৎ মহারাজ শামু ফাবা চংএ। ২০নি নিংথৌকাপতা শামু চেনথিবে হায়তুনা হল্লকএ। হিয়াঙ্গৈ থাক্তি থাঙসনা হনএ। ৭নি ঈরাইতা হিয়াঙ্গৈকী সংক্রান্তি ওইএ। ১৮নি নিংথৌকাপতা শ্রীইপুংশিচা সেনাপতি খোংচাই হাও নারুপা ঙমতুনা লোইহাপোং য়াওনা থুংলৈএ। খোংচাই নিংথৌনে হায়পা ৭ মানা নাই ১০ তা ৩ শকোন ৮ শন্দং ৫ শামু ময়া ৫ শেনপুং ১১ অসি শ্রীযুৎ মহা-রাজদা ফংএ। পোয়নু থাক্তি নিংথৌকাপনা হনএ। ৭নি থাঙসতা পোয়নুকী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি ঈরাইতা শ্রীযুৎ চীংলেন নোংত্রেন খোমপা মহারাজ য়াওনা শ্রীমহাবলী ঠাকুর হনুমান শেমথিবা হৌএ। ৱাকচিং থাক্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। অতু ফুমিংতা চুরা বংগারাম হাজারিনচিংনা থৌপান কৈরানপিতা কৈ তানবা কুমএ। ৩নি শকোনসেম্বা থৌবান কৈরানবীদা চীংলেন নোংত্রেনখোমবা মহারাজ কুমনা কৈ ১ কায়এ। অতু হুমিতা মুহানাইএ। অরা লাইপারম্মং থুংলৈএ। ৬নি লংমাইচিংতা

ঘাকচিংকী সংক্রান্তি ওইএ। কাইরেন থাভি শকোনসেন্না হুনএ। ৭নি লৈপাকপোকপতা কাইরেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ১০নি ঈবাইতা শ্রীগোবিন্দজীকী ফুবা হৌএ। লমদা থাভি ঈবাইনা হুনএ। ৭নি শকোনসেন্না লমতাকী সংক্রান্তি ওইএ। ১৫নি ঈরাইতা থা শানা কংএ। শজিবু থাভি থাঙসনা হুনএ। ৮নি থাংস ছুম্বিংতা বিষু সংক্রান্তি ওইএ। থিয়াম অনন্তরামকী কুম শোক ১৭৫১। ৯নি লংমাইচিংতা শচিকোইগী পালোক ওইএ। ১৭নি লৈপাকপোকপতা কৈথেন্না নোংমৈ সিংচং তাত্থুনা নপী ১ শিএ। কালেন থাভি নিংথৌকাপনা হুনএ। থা ৩ভি পূক য়াম্না চত্থুনা মী য়াম্না শিএ। মী ১গা ১গা চঙনদে। পোংলোইপা ভমতে। ৯নি লৈপাকপোকপতা কালেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ২২নি নিংথৌবাপতা শ্রীযুৎ মহারাজ শিলোংতা সাহেপ খাছি[1] নাপা চমতবে হায়না তাক্লুনা লান পাংপা চঙখিএ। নবাব গোবর্নর ইস্কা সাহেপনা[2] তুরেন মপান তাম্না থোক্লুনা শ্রীমহারাজপ্ ওকলমএ। শ্রীযুৎ মহারাজনা সাহেপকা লোয়নবা খাছি নাপা চংএ।[3] তেখাও লৈপাক্তা[4] সাহেপনা শেমপা সিফাইকা মৈতৈকী সিফাইকা লমযেন্নবা লান চঙহনএ। মৈতৈ সিফাইনা হাম্না থুন থুকাইএ। খাছি নিংথৌ[5] ফাত্থুনা সাহেপতা পীবমএ। মুসলমানকী

১। খাছি—খাসিয়া।

২। ইস্কা সাহেপ—স্কোট ( Scott )

৩। খাসিয়া ( খাছি ) লাল্দা মহারাজ গম্ভীর সিংহগী মতিক মগুন থাবদা শ্রীহট্টের ইতিবৃত্তদা মথাগী অসুমা ই—

"গম্ভীরসিংহ বীর পুরুষ ছিলেন, গভর্ণমেন্ট পুনঃ ২ স্বীকার করিয়াছেন। গম্ভীরসিংহ হইতে গভর্ণমেন্ট অনেক সময় সহায়তা প্রাপ্ত হইয়াছিলেন। শ্রীহট্ট হইতে খাসিয়া পর্ব্বতের উপর দিয়া রাস্তা প্রস্তুত কালে খাসিয়াদের অন্যতম অধিনায়ক কমলসিংহ ও চৌবর সিংহ গভর্ণমেন্টের বিরুদ্ধে উত্থিত হইয়া, তত্রত্য ইংরেজ কর্মচারীর সহ বহু সংখ্যা দেশীয় লোক নিহত করে। শ্রীহট্টের প্রধান কর্মচারীর অনুরোধে পার্ব্বত্য যুদ্ধ ক্ষেত্রে গমন করেন। . .. ১৮২৯ খৃষ্টাব্দে খাসিয়া বিজয়ের যে বিবরণ বর্ণিত হইয়াছে, সে যুদ্ধ প্রধানতঃ ইহারই সহায়তা ও শৌর্য্যে জয় করা হয়।"

অচ্যুতচরণ চৌধুরী—শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত, ১১৫ পৃষ্ঠা।

৪। তেখাও লৈপাক—আসাম।

৫। খাছি নিংথৌ—তিরৎসিংহ।

ইঙাকী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থাঙি শকোনসেম্না হনএ। ১৩নি লৈপাকপোকপতা ইঙেনকী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাঙি ঈবাইনা হনএ। ১৪নি ঈবাইতা থবানকী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাঙি লংমাইচিংনা হনএ। ১৭নি লৈপাকপোকপতা লাংপনকী সংক্রান্তি ওইএ। ২৩নি লংমাইচিংতা শ্রীযুৎ মহারাজ শিলোংতকী থুংলৈএ। ২৬নি যুমশকৈশতা শ্রীনোংচুপ লমকাই ঙমপা[1] চগী ৭৬ তা নোংকাইএ। মেরা থাঙি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৮নি শকোনসেম্বা মেরাকী সংক্রান্তি ওইএ। হিযাঙ্গৈ থাঙি যুমশকৈশনা হনএ। ১৮নি লংমাই চংতা পোয়নুকী সংক্রান্তি ওইএ। হিযাঙ্গৈ থাঙি লংমাইচিংনা হনএ। ১৯নি থাঙজদা হিযাঙ্গৈগী সংক্রান্তি হোৌএ। পোযনু থাঙি ঈবাইনা হনএ। বাকচং থা লংমাইচিংনা হনএ। ৭নি ঈবাইতা ফিবিংকি সাহেপ ও মানা ঊবা লমযেন্নপা চংএ। ১৮নি লৈপাকপোকপতা বাকচিংকী সংক্রান্তি ওইএ। ফাইবেন থাঙি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৮নি যুমশকৈশতা ফাইবেনগী সংক্রান্তি হোৌএ। ২১নি লংমাইচিংতা অচৌপা লাইফম লাকপা খাহি হাও নাকনা থুংলএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা সাহেপ ওমা ঊবা লম যেন্নকপা ইংগি বাংমা মথৈ নৈতকা অমনে হায়না উদোং যুংপা থুংলৈএ। লমতা থাঙি যুমশকৈশনা হনএ। ৯নি যুমশকৈশদা ইপুংশিচা সেনাপতি খাকি হাও নাপা চংএ। ১০নি শকোনসেম্বা শ্রীযুৎ মহারাজনা তুমু খুনশেম্বা চংএ। থানিন লৈপাকপোকপদা থা শানা ফংএ। ১৮নি ঈবাইদা লমতাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২২নি যুমশকৈশতা শামু যাতোনপোক ভাওতুনা কবো তম্পাক্তা চেনাখএ। শজিবু থাঙি শকোনসেম্মা হনএ। ২নি ঈবাইতা তুমু লোকচাও থিংএ। ৩নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজ তুমু খুনশেম্পা থুংলৈএ। ১৬নি ঈবাইতা শ্রীসেনাপতি খাকি হাও নাকবা থুংলৈএ। লান যাম্না কারকএ। ১৮নি লংমাইচিংদা বিযু সংক্রান্তি ওইএ। পুঙ্গনপা তাংখোমপকী কুম শোক ১৭৫২। ১৯নি নিংথৌকাপতা শচিফোইবগী পালোক ওইএ। শ্রীযুৎ মৈতেঙু চীংথংখোমপা মহারাজনা নাম্বেবম লখোনকী কুম শক ১৬৮২তা চন্দ্রাব্দ পাইবঙম খোঙেল লাউন কণ্ঠনা মায়কৈমখি চেনবে। গম্ভীরসিংহ নিংথৌযেন হবাউ খোমকম মোমোন লোক পোইবৈ মীযাম লোয়ননা জগন্নাথ লাই মকগি থৌগল মথোল লোমখ্রে।" —থাবিরমবা, লা ৭৫-৭৭।

১। নোংচুপ লমকাইঙম্বা—নিংথেম থাবা ( তম্রসিংহ )

কৌপা শোকপু লিংখৎতুনা জ্যোতিষ চন্দ্রিকা কৌপা পাজি লাইরিক্লা লৈপাক অসিতা চৎনরম্নবপু বিক্রামাদিত্য নিংথৌকী বাম্পতি কৌপা লাইরিক্লা অক্ক মথৌ পীকএ হায়তুনা চৎনরম্নবদা শ্রীপঞ্চযুক্ত চীংলেন নোংগ্রেন খোমপা মহারাজনা তৌকরোই। ব্রাহ্মণকী আদম তৌতপনা নিংথৌকীতি য়াথং কাইহনপানা হাংপা শকএ হায়রিএ। মহৌ মহৌ[1] লৈপাক কাইপাপু পাপ অসনা ওইরে হায়তুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌকী বাম্পতি কৌবা লাইরিক অসিদগী থোইনা অক্ক পীকপা জ্যোতিষ চন্দ্রিকা কৌবা লাইরিক অসিপু ১রক শেমহৌ হায়না খুমপোং দেবকিশোর পাজি শংলাকপতা য়া য়াথং পীতুনা লঘু জ্যোতিষ চন্দ্রিকা কৌপা লাইরিকপু লেংজবা হৌএ। কালেন থাদি ঈরাইনা হুনএ। ১৯নি য়ুমশকৈশতা কালেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙ্গা থাত্তি লংমাইচিংনা হুনএ। ৭নি থাঙসতা চীংলেন নোংগ্রেম খোমপা মহারাজনা নোংথোনপা চন্দ্রমণি, নিংথৌখোংচা প্রেমানন্দ, সোইপিয়া বসিদা, মোইরাং সূর্য্য, য়ুমাম উঙাম, থিংপাই দয়া, খুৎহৈপা যাথ্যো, নাম্রম জয়সিং, শলাম চাওবা, পোৎশংপম শাচৌ, চিংকাংপম মুহোনসিং, নোংথোনপম অঙাং অতান, পাওনম তোলেন, য়ুম্নাম গৌডমণি, শনশম শাঙনতোন অকোইচামপা তমোন, অকোইচা মণি, নিংথৌজম ভগ্যসিং, নিংথৌচাম তাওরোই, কৈশাম বেক্রু নিংথৌখোংচা দেবরাম, শম্বাম চন্দ্রমণি, নিংথৌখোংচম প্রেমানন্দ, নিংথৌখোংচা কেবলসি, ফুরিৎশাবা বল, থাজ মোইবেং চাম্না রস নর, লৈতাম হেমানন্দ, লাইতোন অচৌ, রাংথৈমাকপম চিংখু, নাওরেংপম চেমাসিংহ, থুমুচম ১, লৈশাংথেম লৈরোমবা, থিংকুচম ১, থাংচম ১, ক্ষেত্রি ১, ওইনাম চাউম, লাইশ্রম কোইরেম্বা। ২২নি লংমাই-চিংতা ইঙ্গাকী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থাত্তি নিংথৌকাবনা হুনএ। ১১নি ঈরাইতা ঔবা লাইপাবা থুংলৈএ। ১৪নি নিংথৌকাপতম্ন ঔবা লাইপাবা থুংলৈএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা লংমাইথেম চমু শ্রীমহারাণী নোংগাইএ। ১৬নি য়ুমশকৈশতা ঔবা লাইপাব ফমকাইএ। ২৪নি য়ুমশকৈশতা ইঙেনকী সংক্রান্তি ওইএ। অতু মুমিংতা প্রেমতোন[2] সাহেপ অবাতা বা হায়নপা চওখিএ। থবান থাত্তি য়ুমশকৈশনা হুনএ। ২৭নি লংমাইচিংতা থবানকী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাত্তি শকোনসেম্না হুমএ। ৮নি ঈরাইতা শ্রীমাইরাম

১। মহৌ মহৌ—হোৎ হোজ, হা হ্মা।
২। প্রেমতোন—বেঙেন পেম্বরতন।

চহু অপামবীপু মহারাণী হাপ্নকী অভিষেক তৌএ। কৈথেনতা শেন লখা ৩০ চাইএ। ১৪নি শকোনসেন্তা থা শানা কংএ। ২৩নি ঈরাইতা শ্রীযুৎ গুরু, কুমএ। ২৯নি শগোনসেন্তা শ্রীমহারাজ গুরুভকী থুংলৈএ। অতু হুমিত্তা লাংপনকী সংক্রান্তি অহানবা ওইএ। মেরা থাত্তি থাঙসনা হনএ। ২৯নি ঈরাইতা মেরাকী সংক্রান্তি ওইএ। হিযাঙ্গৈ থাত্তি লংমাইচিংনা হনএ। ২৯নি লংমাইচিংতা হিযাঙ্গৈকী সংক্রান্তি ওইএ। পোযল্ল থাত্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৪নি নিংথৌকাপতা শ্রীযুৎ মহারাজ ইকৌ মরুত্তা শামু ফাবা চৎএ। ২৯নি লৈপাকপোকপতা পোযল্লকী সংক্রান্তি ওইএ। ৱাকচিং থাত্তি শকোনসেন্না হনএ। ২৯নি যুম্নশকৈশদা ৱাকচিংকী সংক্রান্তি ওইএ। ফাইরেন থাত্তি থাঙসনা হনএ। ৬নি নিংথৌকাপতা শ্রীযুৎ মহারাজ শামু ফাকপা থুংলৈএ। শামু ৩৪ ফাবনএ। চিংথাখনবা শেলুংবা শামুনা মখোং শোকএ। পানোন কুন্নোম্বু শামু হেনহনএ হাংথতুনা মকম থাইএ। ২৫নি নিংথৌকাপতা শ্রীযুৎ মহারাজ থাকি লান নাপা চৎএ। ২৮নি শগোনসেন্তা লমপোকপা মীশিংপাংকচা চংখোন কৌপা .না নিংথৌমচা খুবাইরাকপনে হাযতুনা মৈতে মচাকা মায়তুনা লোংতালমতাইতা কোম্নুং চংএ। অতু হুমিত্তা ফাইরেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ২৯নি ঈরাইতা শ্রীইপুংশিচা সেনাপতি, অচোন লুবাংপা, হাওপম পিনোত্তা ওমানা চংকোম খোংজেকপাপু ফাবে। শ্রীযুৎ মহারাজম্ব থুংলৈএ। চংকোমপুত্তি লৈশাং হিথেনতা শকাই শামা হাংএ। বাংথৈরাকপম চিংথুত্তি ময়াংলন চেনখিএ। চিংবাংপম মাহাগিত্তি রাকোংএ। থানিন থাঙসতা থা শানা কংএ। অতু হুমিংতা কৃন্দাবন্দগী কুপি শাকপা নোংথোনপা থুংলৈএ। ২৮নি পাঙসতা লমদাকী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থাত্তি লৈপাকপোকপনা হনএ ২২নি লৈপাকপোকপতা মচাশিঙ্গ অহনপু হাওপম হুঙ্গবশিং খুাইনাকপদা খিনথএ। ২৮নি লংমাইচিংতা পিযু সংক্রান্তি ওইএ। অতু হুমিংতা যমপানকী ৱাংকোনশংন্নুং হৌএ। ৱাংম্নু হাওচৌকী কুম শক ১৭৫৩ থাপি লৈপাক-পোকপদা শচিকোইগী পালোক ওইএ। শচিকোই থা ২ ওইএ। শচিকোই থাত্তি যুমশকৈশনা হনএ। অতু হুনিংতা শ্রীচৌংলেন নোংজ্রেন খোম্বা মহারাজনা ব্রাহ্মণ সভা শ্রীযুবরাজনচিংনা অঙম অথৌ পুম্নমকা লোযননা শ্রীগোবিন্দগী মাগোপ্তা কমতুনা শ্রীথুনপোং দেবকিশোর পাঞ্জি শংলাকপনা শেমলকপা জম্বু জ্যোতিষ চন্দ্রিকা কৌপা লাইরিকপু তাহনএ। শ্রীযুৎনা

থাসিতি প'নকি সীনবা ঙমপা নত্তে মাহাকী মপুথো চন্দ্রসিধান্তমকা মাহাকনা তৌবমপা লাইরিকপু ১রক কনা তৌও হাযনা পোকলবা ওইরে হাযনা চন্দ্র সিদ্ধান্ত কৌপা মপুথোকী কমপু হাপপিএ। অতু মুমিংতকী হৌনা লঘু জ্যোতিষ চন্দ্রিকা কৌপা পাজি লাইরিক অসিনা মণিপুর দেশ অসিদা চৎনবে। ১৩নি লংমাইচিংতা ইপুংশিচা সেনাপতি থাকি হাও নাকপা থুংলৈএ। তুইথং, লময়াং, য়াংপি, শিংলো, ভোংকা, মেত্তে, মনোং, খুনকং ৭মা অসিনচিংনা স্পপা খুনকং ২০ খুথাইরক.এ। লামতি তুইথং নিংথৌ সেনতিংথাইনচিংনা হাওকী নিংথৌ ১৩ কারমএ। হাওথুন অয়াম-পকী লোইহাপোংতি শকোন ২০ শন্ত্রং ২০ শামু মযা ৭ শেনবুং ২০০ শ্রীযু' চীংলন নোংদ্রেন খোম্বতা কংচৈএ। শ্রীপঞ্চযুক্ত মহারাজনা তুইথং নিপে শেনতিংথাইদা সনকপ্পা কুরিং করাংচি ১ নিংথৌ ১২মদা লাইথি ১।১ পীনএ। নোংমৈ ৫ পিস্তোল ১স্তুং পীনখিএ। নিংথৌ ১৩মনা নমাই ঐথেংয় লোই হাবা শোযবোই হাযনা মখুন্দা কাহনখিএ। শ্রীযুৎ মহা-রাজনা শ্রীমনাও হবুংচো সেনাপতিবু স্নাকব পীজেএ। অচু মুমিত্তা কম্বাল, বাংবোনস্তুং পাথংবা শং ২মা হৌএ। অচু মুনিত্তা অঙোম থুরাই লাকপা কম্বানগী উ যানবা চংএ। থাশি শগোনসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন শাতি ঈরাইনা হনএ। ২নি পানএ। ৫নি নিংথৌকাবদা বাংকোন হৌএ। অচু মুমিংতা শ্রীযুৎ মহারাজ সনাযাথং হায়দোক্তনা সনা কম্বাল থাওগী যোং পেবপা বাইবি যুমনাক থিও হাযদোক্তনা ককচিং খুন্দগী বাইবি নন্দ কৌথবু লৈওমন্নুনা সনা কম্বাল থাওগী যোং পেকহল্লে। শ্রীযুৎ মহারাজ সনা যাথং শ্রীচন্দ্রসিদ্ধান্তদা হাযদোক্তনা চৈথাবোল কুম্বাবদা চল্লে। কৈলোই যুমকোকী থৌনা, শেনথাই থুমথাই পুম্নমক মাকবোই. থায়নস্তুং নাবা হৌনদে, মহাক মাঙযবোই হায়না সনা উপু চল্লে। থানিন শগোন-সেন্দা কংলা শংলাংমৈ ২মা হৌএ। ২১নি যুমশকৈশদা কম্বামগী মুলাই শাবা হৌএ। অচু মুমিত্তা বাংহেবম শামুছিতং লোই থাইএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা শজাই, উত্রা, শওলাংমৈ ৩মা হৌএ। ইভা থাদি থাওসনা হনএ। ৩নি নিংথৌকাবদা ইভাগী সংক্রান্তি ওইএ। ৬নি যুমশকৈশদা যুহারাএ। ১৩নি শগোনসেন্দা শ্রীঅঙোপামবা কম্বান কাযএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর চীংলেম নোংদ্রেম খোমবা মহারাজগা শ্রীমৈতৈ লৈমা মাইস্নাম চনু শ্রীমতি মহারাণী লিকলাই ম্নোকপিগা কম্বাম

তোংএ। ইঙেন থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। ৬নি ঈরাইদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৭নি নোংমাইজিংদা থারমন্দা কৈ ১ ফাযএ। ৮নি নিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা শামু গোবিন্দবলহপ নুবাংবা শিএ। ২১নি নিংথৌকাবদা শ্রীনিধিরাম আচার্য্যগী সন্তান শ্রীমহাশয় ঠাকুর থুংলৈএ। লাংবন থাদি থুমশকৈশনা হনএ। ৯নি শগোনসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা শগোলসেন্না হনএ। ৯নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি থুমশকৈশদা হাওবম ডুহ্সিংহ খুাইবাকপা শিজ মর শিএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি থাঙজনা হনএ। ৯নি নিংথৌবাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়নু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১০নি থুমশকৈশদা পোয়নুগী সংক্রান্তি ওইএ। থানিন নিংথৌকাবদা ফিরিংফি ০ থুংলৈএ। ২৮নি থাঙজদা আদ্বৈতা বংশগী সন্তান শ্রীনবকিশোর গোশাই শ্রীনিধিরাম আচার্য্য প্রভুগী সন্তান মহাশয় ঠাকুর ২মা চঙখিএ। ৱাকচং থাদি থুমশকৈশনা হনএ। ৬নি ঈরাইদা শ্রীযুবরাজনা তেথাঙদা ফিরিংফি খিনজিনবা চঙখিএ। ৪নি থাঙজদা ফিরিংফি ৩মা তেথাঙদা চঙখিএ। ৮নি থুমশকৈশদা কিবান সাহেবনা[1] কবোদা লম য়েংবা চংএ। ৯নি শগোনসেন্দা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজ চীংলেন নোংঙ্গেনখোম্বা হাও নাবা চংএ। ফাইবেল থা শকোনসেন্না হনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা শিজ হাওবম ওংবী শিএ। ৯নি ঈরাইদা ফাইবেলগী সংক্রান্তি ওইএ। অত্র ভূমিত্তা যুহাবাএ। ১২নি নিংথৌকাবদা শ্রীমহারাজ লাং ফাম্খুন মালা থুংলএ। লান য়াম্না ফারকই। খুনগং ৬মগী মচিলমহাইগা ভাপ্রমগা সাজুংগা শাকোং নিংথৌ মানোংশাংগা মবিংগী মাকনলেংগা কোংপু লাংঙাপা ৬মানচিংবা ১৪০ ফারএ। নাই শল, ললথুম য়াম্না খোমলকএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা অচোই লাইফম লাকপা হি য়ানবা থুংলৈএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা শ্রীমহারাজ শাইতোন নাবা চংএ। লমদা থাদি থাঙজনা হমএ। ৭নি ঈরাইদা অয়ঙ্গুপ নাহারূপ শংলেম হৌএ। ৯নি নোংমাইজিংদা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। অত্র ভূমিংতা লাইফম থাবম শঙলেন হৌএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা শ্রীমহারাজ সাইতোন নাবা থুংলৈএ। ১৩নি থুমশকৈশদা ইবুংশি যুবরাজ তেথাঙদা কিরিংকি খিনচিন্নবা থুংলৈএ।

১। কিরান সাহেপ—গ্রান্ট সাহেব।

১৭নি নোংমাইজিংদা কৈথেল পূম্নমক শঙ্ শাত্তুনা হোত্তুনা ফমহল্লি। ২৮নি ঈরাইদা অঙ্গোনা কৈ অমা কারকএ। শজিবু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। অদু মুমিত্তা কাংছ্‌জম অঙমবু ভুগী হাংএ হায়হুনা কাৰ্শি তৌএ। ২নি লৈপাকপোকপদা বিষু সংক্রান্তি ওই। থাংজম উরাবগী কুম শোক ১৭৫৪। ১২নি শগোনসেন্দা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি ঈরাইদা শঙলেন ৪মা শ্রীমহারাজনা শ্রীগোবিন্দজী মাওনা শঙকাইএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৬নি শগোনসেন্দা মাইস্নাম গৌড়স্যাম শিজপা মন্ত্রিবু লুৱাং নিংথৌ ওইহনএ। তম্না অভিষেক তৌএ। ১৩নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২০নি নোংমাইজিংদা জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী লাকপা পান্দা বামন্না জগন্নাথবু শাবা তৌএ। অদু মুমিত্তা চিংমুদগী কৈ অমা ফাবকএ। ২৫নি ঈরাইদা কাংখোঙ ১১ শুনা শানা হৌএ। উদি হৈপোক্‌কী হৈনো য়ানলে। থ শি মুমশাকশদা লম্‌লোংকৈতগী কৈ অমা কারকই। ইঙা থাদি শগোনসেন্না হনএ ১৪নি লৈপাকপোকপদা ইঙাগী সংক্রান্তি ওই। ইঙেন থাদি ঈরাইনা হনএ অদু মুমিত্তা জগন্নাথ জীবন্যাস তৌএ। ২নি থাঙজদা বথ চিংবা হৌএ। শাংখাঙনা তকথায়হুনা নিংথৌজম অবুং-ত্তোন শিকাই থনবা শিএ। ১৬নি থাঙজদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২১নি শগোনসেন্দা শ্রীমহারাজ চন্দ্রখোং য়েংবা চংএ। ২৩নি থাঙজদা থুংলএ। থবান থাদি থাঙজনা হনএ। অদু মুমিত্তা চিত্তোম সাহেবকী যুম মৈ চাকই। ৪নি লৈপাকপোকপদা থুনপোং মাইকুম্নাকপা শিএ। ৭নি ঈরাইদা শ্রীমহারাণী চাপোক য়াঙ্গোন হৌএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। ২২নি থাঙজদা নোং জুংশিং য়াম্না কম্না শিংএ। শঙ য়াম্না তেকই। ২৫নি লৈপাকপোকপদা মী ১দা শেন ৫০ থায়হুনা হুগী হাংপগী প্রায়শ্চিৎ তৌএ। লাংবন থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। ১৯নি ঈরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওই। মেরা থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২০নি নোংমাইজিংদা শ্রীগোবিন্দজীগী মাঙোপ মৈ হৌএ। ২১নি নিংথৌকাবদা মেরাকী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮নি নোংমাইজিংদা লাংথবান চীংচেন্দা কৈ অমা কাএ। হিয়াঙ্গৈ থা যুমশকৈশনা হল্লে। ৬নি নিংথৌ-কাবদা শেক্তানা কৈ ১ কারকএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা মচা ইবুংঙো সনাহল পোকএ।[1] ১৪নি যুমশকৈশদা শ্রীনিত্যাইনন্দবংশ গোসাই থুংলৈএ।

---

১। মচা ইবুঙো সনাহল—চক্রকীর্তি।

২২নি বুধশকৈশদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি ওই। পোয়ম্ব থাদি ঈরাইনা হুনএ। ৪নি নিংথৌকাবদা শ্রীমহারাজ য়াওনা মশাংকৈতকী কৈ ১ কাযএ। ২১নি শগোনসেন্দা পোযম্বগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৮নি শগোনসেন্দা শ্রীমহারাজ অয়াংহাও নাবা চৎএ। বাকচিং থাদি নোংমাইজিংনা হুনএ। ৪নি বুধশকৈশদা শ্রীমহারাজনা কচাই হাও খুনগং ৩ থুগাই। ১১নি বুধশকৈশদা থোইবা ১ খোংতৈ ১ অলোইমৈ ১। তোলোই ১ খুনবং ৪মা থুগাইএ। থানিন নোংমাইচিংদা সরো ১ ভাংচু ১খুনকা ২মা থুগাই। অতু মুমিত্তা অরোংমৈ ১ অফোং নৈ ১ ওইনাম ১ খুন ৩মা কম কাদনা শন ১০ লোই হাযএ। অতু মুমিত্তা কিরান কপতান মেজর সাহেপনা মৈতৈ লৈবাক্কী কবোদা লময়েংবা চৎএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা খিংবা খুনলেন ১ খুনৌ ১। ২মা থুগাইএ। ১৮নি বুধশকৈশদা খিংবা খুলেন খুনৌ ২মা শন্দং ১০০ লোই হারৈ। ২০নি ঈরাইদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওই। অতু মুমিত্তা ইপুমৈ ১ যেলেমমৈ ১ ইকেমৈ ১ ইখিমৈ ১ য়োইনোং ১ ইরামৈ ১ খুঙ্গং ৬মা থুকাইএ। কাই তুরেন মরুগী নোংপোক্তা লৈএ। কাইগী নোংচুপ্তা লৈবদি কাপোমচি, শনমৈ, মখেকমৈ, কাতুমৈ, তোনকমনৈ, কাতেপুং, কাক্রামৈ শিঙামৈ, মাখোংমৈ, তাবানমৈ খুঙ্গং ১০ মা থুকাইএ। অতু মুমিত্তা মহারাজনা মাথাক্তা লৈদনা মাও ১ পুংতোংমৈ ১ পুংতোংমৈ খুনৌ ১ খোইয়ু খুন ১ মানেংমৈ ১ য়াং ১ পাবুলাংমৈ ১ বানৈ ১ মাও খুলেন ১ কাশামৈ ১ খুঙ্গং ১০ মানাদনলিদিং ১ ১০ মনা লোই হাএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা পুংতোংমৈ ১ ইবেমৈ ১ শকক্রমৈ ১ দেবোমৈ ১ ইসেমৈ ১ কাইপুংমৈ ১ কচুংমৈ ১ খুঙ্গং ৭মা থুগাইএ। অতু মুমিত্তা গিরান কপতান মেজোর সাহেপনা কবো লম য়েংলুবা থুংলৈএ। ২৬নি বুধশকৈশদা ময়াং ১ মরামৈ ১ খুঙ্গং ২মা থুগাইএ। হাও য়াম্না শিএ। শন ২০০ না লোই হারৈএ। হাও কাবদি হুনবিখিএ। থাশি নোংমাইজিংদা ইশিমৈ ১ ইচেনমৈ ১ তুকি-কিমৈ ১ উপুং খোকমৈ ১ খুনকা ৪মানা শন ৪০০ লোই হারৈএ। কাইরেন থাদি নিংথৌকাবনা হুনএ। অতু মুমিত্তা খিপুমৈ থুগাইদুনা লান ৭ চেনা কাযএ। হাও য়াম্না শিএ। খুন অদুদা থা ১ লৈএ। ৩নি শগোনসেন্তা উপি তোনমৈনা শন ১০০ লোই হারৈএ। ৬নি নোংমাইজিংদা খিপুমৈতগী মচাইবুংঙো ম্না য়াইমা জয়বীরসিংহ যুবরাজনা তেথাও য়ৌখিএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা খিপুমৈনা খুন চঙচকে হায়দুনা শন ১০০ লোই হারৈএ।

৯নি মৃমশকৈশদা ঙাটৈ খুনৌ খুলেন ২মা ঙাখুনৌ খুমলেম২মা খুন ৪মনা শন ৪০০ শামূ মযা ১ লোই হায়এ। অসি মতুংদা থোইদিং পোন ১০০। ১০০ লোই হাগে হায়দনা থোইদিং পোন ১০০ কৎতুনা হায়চৈএ। ২১নি নোংমাইজিংদা কাইবেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৫নি শগোনসেন্দা শ্রীমৈদিংঙু চীংলেন নোংত্রেন খোম্বা মহারাজনা খিপুমৈগী ঈশিংখোং পুৎশী মপান্তা খুতা ১ নমতা ১ মুং ২ মাতা খুতাতা শ্রীমহারাজগী খোংকুম য়েকএ। নমতাতা নোংশা শনতৌ ২মা য়েকতুনা ইথোই ১ হাম্যে ২ থোক ১০০ অসি য়াওতনা হাওখুন পুম্নমক শ্রীমহারাজনা মুং হোংএ। অহু হুমিত্তা মেবামেচৈম ১ তোনলোই চানৈ ১ পিৎতেমৈ খুনৌ ১ খুলেন ১ উত্তু বাশামৈ ১ বাহানৈ ১ খিশানৈ ১ হাওখুন ৬মনা শন ৬০০ লোই হায়রৈএ। লমতা থাদি মৃমশকৈশনা হনএ। ২নি শগোনসেন্দা শ্রীজয়বীর সিংহ যুবরাজনা তেখাওদগী হল্লকপা খিপুমৈতা থুংলৈএ। ৩নি ঈরাইদা শ্রীমহারাজনা খিপুমৈতগী হল্লকএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা মৈদিংঙু চীংলেন নোংত্রেন খোম্বা মহারাজনা লাংথবান কোম্মুংদা থুংলৈএ। ১৬নি শকোনসেন্তা মুহারাএ। ২২নি লৈপাকপোকপদা লমদাগী সংক্রান্তি হোএ। শজিবু থাদি ঈরাইনা হনএ। ১০নি নোংমাইজিংদা লাংথবান কোম্মুং ফরাইকোন শাইএ। ২২নি শগোনসেন্দা বিষু সংক্রান্তি ওইএ। নিংথৌজম মবগী কুম শোক ১৭৫৫। ২৫নি ঈবাইদা শজিবুগী পালোক ওইএ। কালেন থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। ২৩নি নোংমাইজিংনা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৭নি শগোনসেন্দা কবো শোংশোক নিংথৌনা শামুলাবা য়াপনবা[1] ১ শকোন ১ পে সনাপুম্না ০ শ্রীযুৎ মহারাজদা কৎলৈএ। ১৩নি ঈবাইদা মচা ইবুংঙো স্নাহল চউমমে। ২৪নি মৃমশকৈশদা ইঙাগী সংক্রান্তি ওই। ইঙেন থাদি মৃমশকৈশনা হনএ। ১০নি শগোনসেন্দা ইপুংশিজ্জা নেত্রজিৎনা নিংথৌ ওইগে তৌএ হায়দুনা অবাজমদা চওহনখিরে। ২৭নি নোংমাইজিংদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাদি শগোনসেন্দা হনএ। থাশি শগোনসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাদি ঈরাইনা হনএ। মলমাস ওইএ। মেরা থা থাভজনা হনএ। ২নি নোংমাইজিংদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াংগৈ থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৩নি শগোনসেন্দা হিয়াংগৈগী সংক্রান্তি ওইএ। অহু হুমিত্তা মুহারাএ। ১১নি

১। শামুলাবা য়াপনবা—মরা খিদোকলবা শামূ লাবা।

ঈবাইদা লাংথবান চৈংগী লোকচপ্তা শ্রীযুৎ মহারাজনা লাই নীনবা লৈমুংদা চেকনা কুকা শেমমে। ১২নি লৈপাকপোকপদা মোইরাংনা কৈ ২ ফাবকএ। পোয়াম্বু থাদি শগোনসেম্না হনএ। ২নি ঈবাইদা পোযম্বুগী সংক্রান্তি ওই। ১৩নি লৈপাকপোকপদা কলিকত্তাগী বড়সাহেপনা অরানা ইপাত্তা লৈবা মীবু লৌ উনবা মফম লৈতরে হায়দুনা য়াম্না হাবজরে। মরম অদুগী মণিপুর রাজ সাহেপনা কবো ভমপাক্তা অয়াবু লৌ উহনও। মাহুগী মমন্দি কুম কুম খুদিংদা তাংখা ৬০০০ পীগে হায়রববু শ্রীযুৎ মহারাজনা যাবকতুনা গিবান। কপতান সাহেপ, পেমতেন সাহেব অচি ভান সাহেব ওমানা অরাদা লম পীবা চৎএ। থানিন শগোনসেন্দা খা শানা কংএ। অদু তুমিত্তা মচাইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ য়াহলনা মনা বৈথেন্দা শেল লাখা ১০০ চাইএ। ১৬নি ঈরাইদা মৈদিংঙু চৌংলেন নোংত্রেন খোমপানা মপুখো লাইযিংথো পাখংবা হয়াওএ। শ্রীযুৎ মহারাজ মহারাণী মাওনা লৈপাকী অওবা পুমমকপু মতু মরা চুকোই শাইএ। অতু তুমিত্তা লাই কৌপুরুম্বু ফিত্তো কৌএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা কোম্বুং অমনবদগী পাখংবা হরাওবা থুশলএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ য়া হকচাং ঈবা চৌএ থাদি শগোনসেন্দা মৈদিংঙু চৌংলেন নোংত্রেন খোমবা মহারাজ নোংংগাইএ। করবান্দা চহী ৯নে, শুপনা পুনশিদি ৪৭তা নোংগাইএ।

## ৬৯

## মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ ( নিংথেম পিশক )

অদু তুমিত্তা শ্রীমচা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা চহী ২দা নিংথৌ ওইএ। মনাউ ইবুংঙো নরসিংহ সেনাপতিনা অওবা অয়াম্বগা লৈপাক ভাকএ। বাকচি থাদি থাওজনা হনএ। শ্রীযুবরাজগা ভশংখোম্বগা ২মদি সাহেব-লমদা চেনশিনখিএ। ২নি নোংমাইজিংদা বাকচিগী সংক্রান্তি ওইএ। ১২নি কুমশবৈশদা সাহেপ ওমানা অরাদা লম পীরবা হল্লকপা থু লৈএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা পেমতোন সাহেপ, জয়বীর সিংহ যুবরাজ ২মা ময়াং চঙখিএ। কাইরেন থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। ৪নি নিংথৌকাবদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হোওএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা বামন লাইময়ুমগী পুন্তরিকক্ষ তর্ক

পাকেশ্বরগা চিংতাখমকী মিমি শেলুংবকা ১মাপু শ্রীযুৎ মহারাজগী চিন্তামণিপু শ্রীবৃন্দাবন্দা পুশিলহনখিএ। লমদা থাদি লৈপাকপোকপদা হনএ। ২নি য়ুমশকৈশদা লমদাগী সংক্রান্তি ওই। ৩নি শগোনসেন্দা য়ুহারাএ। নোং ফুংশিং য়ায়া শিংএ। শঙ য়ায়া তেকএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা ইপুংশিজ ভরংখোম্বনা নিংথৌ ওইগে ত্তৌএ হায়দুনা ময়াংলম চত্তহনখিএ। শজিবু থাদি শগোনসেন্না হনএ। নিনি ঈরাইদা বিষু সংক্রান্তি হৌএ।

মোইরাং মুকুণ্ডগী কুম শক ১৭৫৬। ৩নি থাঙজদা শজিবুগী পালোক ওইএ। ১৬নি শগোনসেন্দা শ্রীইপুংশিজ নরসিংহ সেনাপতিনা যুবরাজ ওইএ। ২০নি নিংথৌকাবদা নোং ফুংশিং য়ায়া শিংএ। কংলানচিংবা শঙ য়ায়া তেকএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা চিংকাংপম খোংনাং মশা তেকএ। কালেন থাদি ঈরাইনা হনএ। ৪নি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ৬নি যুমশকৈশদা মৈদিংগু চীংথংখোম্বনা চন্দ্রপুরদা থমলম্বা কামার পুরকপা থুংলৈএ। থানিন ঈরাইদা শ্রীইপু শিজ যুবরাজগী মচা অহল শিএ। ইঙা থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। ৬নি ঈরাইদা ইঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৮নি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ১১নি ঈরাইদা থবানগী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাদি শগোনসেন্না হনএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা শুকম্বুবমদগী শ্রীযুংকী সনা খুনেংহি উনিংথৌগী হিবেন. ফৌকৈ শংবা কৈরুংবানচিংবানা যানবা থুংলৈএ। মেরা থাদি থাঙজনা হলএ। ১৩নি যুমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। ১৬নি ঈরাইদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৮নি যুমশকৈশদা থারশা অচতবা অমা কাঙচৈপুংদা কাএ। পোয়নু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৬নি থাঙজদা কালোক রাইরংবা নারুইএ। ১৩নি নোংমাইজিংদা পোয়নুগী সংক্রান্তি ওইএ। ৱাকচিং থাদি যুমশকৈশনা হনএ। ৮নি যুমশকৈশদা য়ুহারাইএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি ওই। ২৩নি শগোনসেন্দা গোশাই চত্তখিএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা নোংমৈ হিদাক উপু ৬০ মোনে ৭ থুংলৈএ। ফাইরেন থাদি শগোনসেন্না হনএ। ৬নি যুমশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজ চুডাকরণ তৌএ। ৮নি ঈরাইদা গিবান সাহেবনা কবোরমদা হাও নাবা চংএ। ১২নি লৈ-পাকপোকপদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি ওই। ২০নি যুমশকৈশদা য়ুপচরোং

হাওনা ময়াং লমগী বাপু ইশাইনাইশাইএ হায়ছনা মখুন থুগাইরুইএ। লানদি মাইচমপানচিংবা লান ১০ কাররকএ। লমদা থাদি থাঙজনা হনএ। ১২নি শগোনসেন্দা লমদাগী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১৪নি নোংমাইজিংদা বিষ্ণু সংক্রান্তি ওইএ। যামবেনবা শ্যামগী কুম শক ১৭৫৭। ১৪নি নোংমাইজিংদা শজিবুগী সংক্রান্তি পালোক ওইএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৬নি য়ুমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৯নি থাঙজদা কমপানিগী শামু লাবা ১ অমোম ৩ গিয়াম সাহেপনা শ্রীমহারাজদা কৎলএ। ২৩নি য়ুমশকৈশদা শ্রীঅঙোম নিংথৌমচিংবা অঙম্বা পূম্নমক কম লোখৎএ। থাশি য়ুমশকৈশদা মীরৈবাকী গনস্তনা গ্রহণ তৌগনি হায়বদু মণিপুরগী প ণ্ডিতনা তৌরোই হায তৌদবে। ইঙা থাদি শগোনসেম্না হনএ। ৯নি ঈরাইদা সাহেপকী মনাই পাঙন মুপী ১ থুনকোইনএ। ১০নি থাঙজদা য়ুহারাএ। ১৪নি য়ুমশকৈশদা মীরৈবাক্রা চন্দ্রগ্রহণ তৌগনি হায়বদু মণিপুরগী পণ্ডিতনা তৌবোই হায তৌদরে। ১৮নি থাঙজদা ইঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা মোইরাংনা কৈ ১ ফাবকই। ইঙেন থাদি থাঙজনা হনএ। ৩নি নিংথৌকাবদা মরিংনা লাংগোন্দগী কৈ ১ ফাবকই। ২০নি য়ুমশকৈশদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওই। থবান থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। থানিন নোং থাঙজদা নোংমাইজিং মখোঙদগী কৈ অমা ফাববএ। ২১নি ঈরাইদা ময়াংলমদগী গোশাই ১ থোবকই। ১২নি থাঙজদা থবানগী সংক্রান্তি ওই। ২৫নি য়ুমশকৈশদা শ্রীবিষ্ণুগা য়ুবরাজগা থোক্নুনা কৈথেল অহনবা হেণ্ডহ্নুনা কাহনএ। থাশি মিংথৌকাবদা কুমকিনা কৈ ১ ফাহ্নুনা কৎলএ। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওই। মেরা থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৬নি ঈরাইদা কলে নিংথৌনা ঐগী লোইবু কুমহুৎ হাণ্ডনা হাংখিবে হায়হ্নুনা শ্রীবৃত্তা হাও নারীও হায়জরে। অহুদা কিরান সাহেপকা কোনশবা মেনতোবগা থাঙজবা অথা পুরেনগা ৩মানচিংবা চত্নুনা শোকনৈএ। ২৪নি ঈরাইদা মেরাগী সংক্রান্তি ওই। হিয়াঙ্গৈ থাদি ঈরাইনা হল্লে। ৮নি শগোনসেন্দা লাংথবানগী তুরেন ঈরোংদা কালিদমন শান্নেএ। ২৪নি থাঙজদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওই। অহু হুমিত্তা কিরান সাহেপ, কোনশবা মেজোর, অয়া পুরেল থুংলএ। পোয়হু থাদি থাঙজনা হনএ। ৭নি শগোনসেন্দা কিরান সাহেপ ময়াংলম চঙখিএ। ২৪নি

নিংথৌকাবদা পোয়ন্নুগী সংক্রান্তি ওই। বাকচিং থাদি নোংমাইজিংনা হুমএ। ৫নি শগোনসেন্দা লাইশ্রম পুরানবানা কৈ ১ ফাহূনা কংলৈএ। ৯নি নিং-থৌকাবদা শ্রীসেনাপতিনচিংনা মাইস্নাম মেজোয়গা লোয়ননা অবাংলমদা হাও নাবা চংএ। ১১নি ঙুমশকৈশদা ঙুহারাএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ছোৌএ। কাইরেন থাদি লৈপাকপোকপনা হুরে। ১৬নি ঙুমশকৈশদা কৈ অমা ফায়এ। ২১নি নিংথৌকাবদা শ্রীগোবিন্দজীগী লাইশঙ মাঙোপ মৈ চাকএ। ২৪নি শগোনসেন্দা কাইবেনগী সংক্রান্তি ওইএ। লমদা থাদি ঙুমশকৈশনা হুনএ। ৮নি ঙুমশকৈশদা শ্রীসেনাপতি হাও মাকবা থুংলৈএ। নাই ৩ শাম্ময়া ৩ লোই হাবকই। ৯নি ঈবাইদা শ্রীগো-বিন্দজীগী লাইশঙ মাঙোপ ছোৌএ। ১৭নি থাঙজদা থাঙশাবা লোয়শঙ, নিংথৌশেনবা লোয়শঙ, কৈদা লোয়শঙ ৪মা মৈ চাকএ। ২৫নি থাঙজদা লমদাগী সংক্রান্তি ওই। ২৮নি লৈপাকপোকপদা ময়াংথাং হাও চকলাবিনা কংলাগী মেন কাবমএ হায়তুনা ফারকএ। মথুনদা থাগংথিএ। শজিবু থাদি ঈনাইনা হুনএ। ৮নি ঈনাইদা লৈকাই থুনথোং ৪মা লম্বী শেমএ। ১৩নি শগোনসেন্দা শ্রীগোবিন্দজীগী লাইশঙ মাঙোপ শঙকাইএ। ১৬নি থাঙজদা অচোইবা মোইরাং নিংথৌ থুনবোং মেজোব ২মানচিংবা থাকি হাও নাকবা ঙমতুনা হুরকএ। লাইশ্রম কুম্ভসিং অকাংচামবা ২মা শিরোএ। শ্রীমতোন ইবুংঙো শ্রীযুবরাজনা সুপিতার, জোমানতার পুম্নমা চাক থাঙেই। ২০নি ঙুমশকৈশদা কৈপাথোং চীংচিন্তা শ্রীযুৎনা কৈ ১ ফায়এ। ২৫নি নিংথৌকাপতা শিমু সংক্রান্তি ওইএ। সোরাইসম শুবপাগী কুম শক ১৭৫৮। ২৬নি লৈপাকপোকপদা শচিফোইকী পালোক ওইএ। কালেন থাতি থাঙসনা হুনএ। ২৭নি শকোমসেন্তা কালেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙা থাতি মিংথৌকাপমা হুনএ। অতু হুমিংতা মনাও ইপুংঙ শ্রীসেনাপতিন-চিংনা[১] ইপুংশি তরাংখোমপনা নিংথৌ ওইগে লাকএ হায়তুনা মাকলংতা শামএ। লাকহনা হুরকএ। ৪নি শকোমসেন্তা কোম্বুংতা থারিসা ১ ফায়এ। ১৬নি লৈপাকপোকপতা লৈশাংখোংতা লাইয়িংথৌ সনামহী মনাই লোঙজাম্বা গৌরসিংগী মনাই নিপানা লোংচম মিংতোম ১ হাংলে হায়তুনা শুকহুদা থাইএ। মপুংতোতি হংকুন্দা থাইএ। ১৭নি ঙুমশকৈশতা লৌমেহবা কমথৌ, নাওরিয়া কমথৌ হুইরোই নিংথৌখোংচা, লাইরেনচামপা

১। মনাও ইপুংঙ সেনাপতি—নরসিংহ যুবরাজগী মনাও ইবুংঙো দেবেন্দ্র।

হুলাইপাপা, ওইনা শংকোইপা হিদং, রাহেংপা কৈরোইরাকপা নাখোয় ৬মা অসিপু চৈরাপকী ইডোশিংনা শীতুনা য়েংহন্নুইএ। মাখোয় অসিনা মীনা হাংপা মত্তে কৈনা শোকপনে ছায়ত্নুনা ভমলাএ। মীনা হাংপা ওইত্তামলতুনা কমথৌনচিংপা মখোয় ৬ মাম্বুং মকম থায়এ। শেল শেলমাঙ চারকএ হায়তুনা লৈশাংখোং থায়এ। লৌকু কৈরোইড়ি মীনা হাংপপু কৈনা শোকএ হায়না রাকোংএ। ২৮নি লংমাইচিংডা ইঙাকী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থাত্তি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৯নি শকোনসেন্বা কুমক্কিতকী মী হাংপা পুথংলকএ। ১৮নি ঈরাইতা ভোংপরম পেপমনা সনা শংকায়তা লাইরিক হনচিনএ হায়তুনা থুমলোই ওইহনএ। ইঙেন থাত্তি মলম্যাস ওইএ। নোংমা পানবা শগোনসেন্বা ইঙেনকী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাদি থাঙসনা হনএ। ২নি লংমাইচিংডা থবানকী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাত্তি নিং-থৌকাপনা হনএ। ৩নি য়ুমশকৈশডা লাংপনকী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাত্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৫নি থাংসতা মেরাকী সংক্রান্তি ওইএ। থানিন নোং নিংথৌকাপতা থা শানা কংএ। হিয়াঙ্গ থাত্তি শকোনসেন্না হনএ। ৬নি নিংথৌকাপতা হিয়াঙ্গকী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়ন্নু থাদি ঈরাইনা হনএ। ৫নি লৈপাকপোকপতা পোয়ন্নুকী সংক্রান্তি ওইএ। ১১নি লংমাইচিংতা ময়াংলমতকী ফিরিংকি সাহেপ ১ থুংলৈএ। রাকচিং থাত্তি লংমাইচিংনা হল্লে। ৪নি লৈপাকপোকপদা কিরান সাহেপকী মাঙোপতা বজ্র তাইএ। ৫নি য়ুমশকৈশদা রাকচিংকী সংক্রান্তি ওইএ। থানিন নোং থাঙসতা শম্মু য়াইশা ময়া ককএ। ১৬নি লংমাইচিংতা শ্রীযুৎ কীর্ত্তি সিংহ মহারাজ নাহুৎএ। ২১নি থাঙচতা কোনশপা মেজোর খুম্বোং মেজোর ২ মানা খাগি হাও নারুবা থুংলৈএ। ২৩নি নিংথৌকাবতা থোংঙাইবা সুবি-দারবু বম অহনবা শাহন্দুনা পানভমএ। ২৫নি লৈপাকপোকপতা মুহারাইএ। থাশি লংমাইচিংতা অর্থতোই থোক্নুনা শ্রীযুৎ মধু যুবরাজনা শ্রীগুরুতা, আচার্য্যগুরুতা শ্রীঅজ্ঞা ব্যবস্থাকারিদা নবরতম পূম্নমক্তা ম্নাকপা থৈবিন্না তান থৌএ। লাইরেনলাকপা পাজিপু সনা শন ২ মনাদা শিহল্লে। কাইরেন থাত্তি নিংথৌকাবদা হল্লে। ৫নি ঈরাইদা কাইরেমগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি শগোনসেন্বা সিকাইনা কৈ অমা ফারকএ। লমদা থাত্তি লৈপাক-পোকপমা হনএ। ৬দি লংমাইজিংদা লমতাকী সংক্রান্তি ওইএ। ১৬নি শগোনসেন্বা সিকাইনা লৈশাংখোংতকী কৈ ১ কাম্নকএ। শচিফু থাত্তি

শকোম্নেম্না হনএ। অতু চুমিংতা ময়াংলমতকী ইবুংশি সনাহল তরং-খোম্বনা[1] নিংথৌ ওইপে হায়দুনা মনাউ বেক্রুতাবনে ইপুংশিজা থৌখাই ঙমপা অসিনচিংনা সিফাই ১৩০ বা লোয়নতনা মাকলং তাইএ। মনাও ইপুংঙ্, শ্রীসেনাপতিনচিংনা লোনশংগা মেজোর খুনপোং মেজোর সিফাই ৫০০ বা লোয়নতুনা মাকলংতা শোননৈএ। স্নাহল তরংখোমপনে মনাও বেক্রুপনে ১ মাত্তি নোংগাযে। ইপুংশিজ মনাও থৌখাই ঙম্বনচিংনা মৈয়েংপা শ্যাম ওইনা থেনতমপা মাইস্নাম পচা খুনথোপা অসিনচিংনা লাম্মী অচৎপা ১০০ ফাএ। অশিপা ২০ ফাএ। মাইস্নাম চন্দ্রপদনচিংনা মী ১৭তি মযাংলম চেনখিএ। ১নি ঈনাইতা শ্রীমনাও ইপুংঙ্, শ্রীসেনাপতি মাকলংতা লান চৎপা থুংলৈএ। শ্রীসাখ্বা যুবরাজ বাখন যবনা বিচার তৌদুনা ইপুংশিচা থৌখাইহুম্বদি থাদতা লোই থাইএ। যাবকপা মী পুম্নমক্কি মাগী মাগী মচাই মশেন্থা যোনখীও হায়না থাতোকপীখিএ। লোনচেংপা কৈকংবতি ইসানাই শাইএ চায়তুনা মরন মথুম থোমকংএ। মাহাকস্থুং রাইকোক থাইএ। ৯নি যুমশকৈশতা চুরা কৈরংপাস্থুং মরন মথুম থোমকংএ। মহাকস্থু সোইস কামেংতা থাএ। থাংজবা তারা, ওইনা লামচা অয়া থিয়া যুমনাপা ৬ মস্থং নিংথৌ শেমপা হাওএ হায়তুনা লোই থাইএ। শক্তিবু থা শকোম সম্না হনএ। ২নি ঈরাইতা মাঙ্গক হাওনা কৈ ১ কারবতুনা কংলৈএ। ৬নি লৈপাকপোকপনা বিষু সংক্রান্তি ওইয়ে। নাওনেম হনিকী কুম ১৩৫৯। ৭নি য়ুমশাকৈশতা শচিকোইবী পালোক ওইএ। কালেন থাত্তি ঈনাইনা হনএ। ৭'ম ঈনাইদা কালেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙা থাক্তি লংনাইচিংনা হনএ। ৯নি নিংথৌকাপতা ইঙাকী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থাত্তি নিংথৌকাপনা হনএ। ১১নি ঈরাইতা ইঙেনকী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাত্তি য়ুমশাকৈশনা হনএ। ১৩নি লৈ-পাকপোকপদা থবানকী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাত্তি ঈরাইনা হনএ। ১৬নি ঈরাইতা লাংবনকী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাত্তি থাঙসনা হনএ। ১৭নি লংমাইচিংতা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। অতু চুমিংতা ইম্ফাল লৈপা য়াম্মনে হায়না লৈকাই ৪মাতা থৌকন ইমকোক থীএ। লবাই ইমকোক থীএ। পানা ৪মাকী থৌখনকা চৎনা থীএ। লাইরিকয়েংপা নরসিংহকা

১। স্নাহল তরংখোম্বা—মহারাজ লাবণ্যচন্দ্রগী মচা ইবুঙ্গোনি। ক, কন্তচন্দ্র মহা-রাজনা লাইরেনময়ুম চন্দ্রদা পোকপনি।

লাইকরাকপা কমথৌ পানা ওমাকী শিংজুপাস্থং যাওনা থীহনএ। হিযাঙ্গৈ থাদি নিংথৌকাপনা হনএ। ১৭নি লৈপাকপোকপতা হিয়ঙ্গৈকী সংক্রান্তি ওইএ। অতু মুমিত্তা খুম্ব্রাকপা থাংজুপাথনবনা লাইশ্রবা খোকিম্রপু থাওনা য়াম্দুনা হাৎলমএ। মাহাক্কি অবাতা চেনখিযে। পোয়ম্থু থাভি যুমশকৈশনা হনএ। ১৬নি যুমশকৈশতা পোযম্থুকী সংক্রান্তি ওইএ। বাকচিং থাভি শকোনসেম্বা হনএ। ১৭নি ঈবাইত্তা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। যাইবেন থাভি থাঙসনা হনএ। ১৮নি থাঙসতা যাইবেনকী সংক্রান্তি ওইএ। লমতা থাভি লংমাইচিংনা হনএ। ১৬নি নিংথৌকাপতা লমতাগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৭নি ঈবাইতা ফিরিংফিনা অবা নাকে হাযত্তুনা ওোপ নোংমৈ হিতাকা লোযননা সিকাই কুলুমদার ৬০গা থুকৈলএ। শচিযু থাভি নিংথৌকাবনা হনএ। ৯নি লৈপাকপোকপত্তা কশা মৈ চাকএ। সিংহাসন যাহপুং ২ মাস্থং চাকএ। ১৬নি যমশকৈশতা শচিযু সংক্রান্তি ওইএ যুম্বান হিঙবগী কুম শক ১৭৬০। ১৭নি শকোনসেম্বা শচিবোইকী পালোক ওইএ। কালেন থাভি যমশকৈশনা হনএ। ১৮নি থাঙসতা কালেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙা থাভি শকোনসেম্বা হনএ। অতু মুমিংতা লৈপাক পুম্বনকী অহন খনত্তুনা বাংচৈ শাম্বহনএ। থানিন নো ঈবাইতা ইপুংশিচা যুগেন্দ্র[1] সিংহনা লান হোৎকএ হাযপা তাত্তুনা নোংমৈ ওবক থাহএ। লৈপাক তিনএ। অতু মুমিংতা ইবুংশি সেনাপতিনচিংনা হাপেম বিনোদ মন্ত্রী কোনশবা মেজোব, লৈতা মেজোর লৈশাং মেজোর অসি লৈপিক অথুই যৌনা লান চঙএ। ১৮নি নিংথৌকাপতা ইপুংশিচা যুগিন্দ্র সংহনচিংপা মচিন মনাও ওমা অথুই হাওদা থিএ। ২১নি যুমশকৈশদা ইঙাকী সংক্রান্তি ওইএ। ২৩নি ঈবাইতা শ্রীসেনাপতি অথুব লান চৎপা থুংলৈএ। ইঙেন থাভি থাঙসনা হনএ। ৭নি ঈবাইতা অঙমপা চৈবাক কমপা থৈপিকপু বায়েন চুমত্তে হায়ত্তুনা মকম থায়এ। থাঙসা পুর্ণিমাতা খেত্রপু শকোন হাৎএ হায়ত্তুনা কৈ ওইহনএ। ১২নি থাঙসতা ইঙেনকী সংক্রান্তি ওইএ। থবান থাভি লংমাইচিংনা হনএ। ২৫নি যুমশকৈশতা থবানকী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাভি লৈপাকপোকপনা হনএ। ২৭নি থাঙসতা লাংবনকী সংক্রান্তি ওইএ। মেরা থাভি নগোলসেম্বা হনএ। ২নি ঈরাইতা কুহাবাএ।

১। ইপুংশিচা যুগিন্দ্র—মৈদিংগু মার্জিৎ নোংপোক বাহংং পামহৈবা মহারাজনা শ্রীমতী মহারাণী খোংবচোম চন্দ্রা যা যুগিন্দ্র সিংহ যুবরাজ বাংথৈমাবপা পোবই।

থানিন নোং য়ুমশকৈশা পূর্ণিমাতা চন্দ্রগ্রহণ থোকএ। ২৭নি মিংথৌকাপতা মেরাগী সংক্রান্তি ওইএ। হিয়াঙ্গৈ থাক্তি ঈরাইনা হুনএ। ৫নি লৈপাক-পোকপদা থোকুনাওক্লমচা মবৈনা স্থপিতারনা খাগ্রি সাহেব ২ মানচিংনা ময়াংলমবী শেমবা থোকএ। ২৭নি য়ুমশকৈশতা হিয়াঙ্গৈকী সংক্রান্তি ওইএ। পোয়েন্থু থাক্তি লংমাইচিংনা হুনএ। ২১নি ঈরাইতা ইপুংশি হুইনাই তাপা খুাইবাকপনা কোংবেক মাপা চংএ। ২৮নি ঈরাইতা পোয়েন্থুকী সংক্রান্তি ওইএ। বাকচিং থাক্তি লৈপাকপোকপনা হুনএ। ২৭নি থাউসতা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ফাইবেন থাক্তি য়ুমশকৈশনা হুনএ। ৫নি লংমাইচিং কুনিংতা কিবিংনি ২কা সিফাই ৫০গা শামুপন্থা থুংলৈএ। ২৪নি ঈরাইতা ইপুংশি খুইবাকপা কোংবেক নাপা থুংলৈএ। ১৬নি লংমাইচিংতা ফাইবেনকী সংক্রান্তি ওইএ। ১৮নি লৈপাকপোকপতা মংশাঙবা কৈকংবনা শ্রীযুৎ মপা ইপুংগু নোংচুপ লমগাইডসগী[1] অস্থি ১ মতোন ইবুংঙো হডন সিংগী ১ ইপুংশি পাচাউননা জগসিংকী ১ ঠাকুর পনজ্জানোনকী ১ শ্রীবৃন্দা-বনকী মুন্দনী কুণ্ডতা সমাধি কুনা শাবা চংএ। লমদা থাক্তি ঈরাইনা হুনএ। ২৭নি লৈপাকপোকপতা লমতাগী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থাক্তি থাউসনা হুনএ। ১৮নি ঈরাইদা শিস্থ সংক্রান্তি ওইএ। সরাইশম হরিকী কুন শক ১৭৬০। কালেন থাক্তি লংমাইচিংনা হুনএ। ১৬নি নিংথৌকাপতা ইবুংশি য়ুবরাজ নচা শিজ লাইশোম ওংবী শিএ। ২০নি থাউজদা ময়েংপা শরমা সিংনা বাইথুা নিমাইগী মতু রাজ চন্দ্র চাওশীপু লামৈএ হায়তুনা কৈথেন্থা খুনাকোইনৈএ। চাওনীতি মাহাক্তা শিন্তুনা থাংজু লোই ওইহনএ। ২৮নি থাউসতা অবাং হাও খুনকং ৭ কমকাইএ। থাশিনোং নিংথৌকাপতা কালেনকী সংক্রান্তি ওইএ। কালেন্থা ২ ডুইএ। কালেন থাক্তি লৈপাক-পোকপনা হুনএ। ইঙা থা য়ুমশকৈশনা হুনএ। ২নি শকোনসেন্থা ইঙাকী সংক্রান্তি থোকএ। ৮নি য়ুমশকৈশতা তঙোম নিংথৌ দেবমণি শিএ। ১০নি ঈরাইতা শকোনপন্থা কৈ ১ ইপুংশি য়ুবরাজনা নোংমৈনা কায়এ। য়েনশেনপা তাম্র জমাদ্দারা কৈনা চিকনা শিএ। ১৭নি লৈপাকপোকপতা জমাদ্দার ৩ চংনা শ্রীযুৎ স্না খুংনা নম্না ফায়এ। শ্রীমোইরাংনিংথৌ হাওবম শ্রীমন্ত্রি ২মা কৈ তানপা থীনএ হায়তুনা মফম থায়এ। কম্মাইপা পুন্নমকম্বং চংতপকী মথৌ লোই থাইএ। তম্মা কৌথংতুনা লিনলোংতা থাবানেনা

১। নোংচুপ লমগাইডবা – নবসিংহ মহারাজগী মপাবুং ভদ্রসিং নিংথেম থাবা।

নোংমা চুপনা কমহনতুনা তনতি তৌএ। ইঙেন থাদি ঈবাইনা ২নি পানএ। ৫নি মিংথৌকাপতা ইঙেনকী সংক্রান্তি ওইএ। অতু মুমিংতা মমাঙতা মংখিতরিপা শ্রীকামধেনু কৌপি শনপু ময়াংলমদগী লাকএ হায়না পাউ থুংলবপতা শ্রীলাইবেন লাকপা চাওবা পানচিপু কৌশনতুনা ৫নি মুমিং থুংলগপা হায়না সনা মাঙতা হোংহনপতা ৮নি ঈরাইকী মুনিং যুংপা মতুং পুং ১ তাখিবপা ২কী মতুংতা শ্রীযুৎ স্নাংনা দশন ফংকনে। পুং ৫ ভাখিরপা ৪কী মতুংতা সনা শংকাইস্নমাইতা চাইথংকনি পু ৫ তাখিপা ৬কি মতুংতা তান আবাতি লোমকনি হায়না হঙ্গৎচৈএ। হায়খিপা পুংকম অতু হোংতনা থুংলৈএ। শ্রীকামধেনুপু শঙ্গোম তুনতুনা শ্রীগ বিন্দজি শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রদা কৎএ। প্রসাদতি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব প্রজা থৈশিক পুম্নমক চাবা যংচৈএ। ২০নি যুমশকৈশতা শ্রীকামধেনুপু শংথোম ২নদ শুমপা হৌএ। ২১নি শকোনসেন্না তুবেন কাৎকনি হায়তুনা বাগাধ চীভোনতা পুহৎতুনা থাএ। ২৭নি লৈপাকপোকপতা লনশাংতা কৈ ১ শ্রীযুৎ যুবরাজনা নোংমৈমা বাএ। কৈ ইরৈএ। কৈয়াং থেকএ। ২৮নি শংগোলসেন্দা কেক্রুপান্না ইবুংশি যুবরাজনা নোংমৈমা কৈ ১ যাএ। থবান থাতি থাঙসনা হনএ। অতু মুমিত্তা নোংমৈপুংতা কৈ ১ শ্রীযুৎ যুবরাজনা কাযএ। নোংকৌপি ১মুং যাযএ। থারিশা ১মুং চঙনা যাযএ। নোংকৌপিতি লানমিং চনএ। ২নি লংমাইচিংতা মংশামকৈতা কৈপুং থোনবা হৌএ। লৈকাই ৮০। থোনএ। ৪নি লৈপাকপোকপতা লমপুনতা হবুংশি যুবরাজনা কৈ ১ মু যাএ। ৬নি শকোনসেন্না থরানকী সংক্রান্তি ওইএ ৮নি থাঙসতা শুকচিকী যুবা মথোংতা কৈ ১ শ্রীযুবরাজনা যাযএ। ১০নি শিংথৌকাপতা কৈপুং হোঙএ। ১৬নি লংমাইচিংতা কোঙ্গুংকী কাং ইংথোনতা কৈ ১ শ্রীযুং যুবরাজনা কাযএ। কৈ ইরৈএ। কৈয়াং থেকএ। যোইরেন শংকমতা যুমএ। ২০নি শকোনসেন্না কৈপুং কৈথেন কাইএ। অতু মুমিংতা অবাংলম থংবাইপিতা শ্রীযুৎ সনা যাথং শোং হৌক হায়তুনা শ্রীনাওরিয়া পানচি লালুপচিংপানা শোং হৌকইএ। শামু য়াইশা কাতুনা নাওবিযা পানচিতা ফৌনাতা লৌ পমি অমা পীনৈএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা শঙাইপরৌতা কৈ অমা শ্রীযুৎ মহারাজনা কাযএ। অতু মুমিংতা শ্রীকোনথা পানচি লালুপ চিংপাপু কারোংতা শোং হৌহনএ। লাংবন থাতি লংমাইচিংনা হনএ। ৩নি লৈপাকপোকপতা অঙোম লরাইতা কৈ অমোম মথোম থোকপি ১ শ্রীযুৎ

যুবরাজনা চংনা কাযএ। ৭নি লংমাইচিংতা শ্রীগোবিন্দজীকী মুকুট পৈএ হাযতুনা উৎসোব তৌএ। অতু মুনিংতা অবাং হাও লমপুই, সেকপাওদা হাওনা শিপায় ৫০ হাৎএ। কৈ মচা ওসুং অঙোম লবাইতকী চওনা কাযকএ। অতু মুনিংতা লাংপনকী সংক্রান্তি ওইএ। ৮নি নিংথৌবাপতা মেজোর ওনচিংনা সিফাই ৯০০০ লান চংলে। ৯নি লৈপাকপোকপদা মোইরাং-পোক্তা কৈ ১ শ্রীযুবরাজনা কাযএ। অতু মুমিত্তা শ্রীঅঙোম নিংথৌকী কীর্তন কিবান যুংবদা নোংমৈ শীংজং তাইএ। ১৪নি লংমাইচিংতা ইপুংশিজ পাচাহনপা শিএ। ১৭নি শকোনসেন্তা অবাং হাও লম চংলুপা সিফাই ফম্নাইপা পুম্নমা কৈতে হাযতুনা যোংহিং চনএ। ২১নি থাঙসতা হিবেন ২নাও উপাবনা থাকম যৈতুনা মুনিতাং সন্ধ্যাদা শ্রীযুৎ যুবরাজনা লৈশাং চিংথেনতা শানজি লিলা শাইরএ। ২৫নি যুমশকৈশতা অবাংলম চংপা যোংহিং লৌথোকএ। ২৬নি শকোনসেন্তা ইবুংশি যুবরাজনা নৌকা লিলা শারএ। অতু মুনিঙা মুহানাইএ। ২৭নি ঈরাইতা নিংথৌখোংতকী কৈ ১ ফাবএ। থাশি নিংথৌবাপতা নোংচুপ লমকী থেবা ও খুম্ন নোং-থাবাইচুম্না পু ২ উরেমপি কাংচা মকম চাওপা ২ তেন্নবা কাক মকম চাওপা ১ নোংমৈ ২ লোংপা ৫ নিংশেন যাংবোক মকম পাকপা ১ ঘড়ী কৌপা পুজা থাগনা নমাংঙৈতা ৎৌবনতপা পুংগু শ্রীযুৎ মহারাজনা অতু মুমিংকী নীখ ৎাইবা সনথা আবার্ত পম্নমাপু ঘড়ী পুংগাতকী চংপা হৌএ। ঘড়ী পোংশম কৌপা ১ নিংঙোনপাপু মুপিতাবা হাপ্পুনা লিংহনএ। বিলাত তৈংপাক্রগী পুবকএ। অতু মুমিত্তা শাপ্ত লিলাম্নু লোমএ। মেবা থাতি নৈপাপনে। নপনা হুনএ। ২নি যুমশকৈশতা পানা ৪মা যাওনা কৈপুংতা নুং যুংএ। পানচিনা খেন তনএ। ৮নি যুমশকৈশতা মেশাকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৪নি নিংথৌবপতা লোইচাব মেজোর সনলাম মেজোব লৈশাং মেজোর ওমানচিংনা অবাং হাও নাকপা থুংলৈএ। লান ৫ কারকএ। ১৭নি শকোন-সেন্তা অবাংলম লান চংলুপা ফমনাইপপু পাঙ হন্দনা লাকএ হাযদুনা যোংহিং চনএ। ২৩নি যুমশকৈশতা নোংপোক লমকী সিফাই ১৪০ মা হুংবি হুংহাম থুকাইকইএ। হিয়াঙৈ থাভি শকোনসেন্না হুনএ। ৬নি লৈ-পাকপোকপদা গোঘাই ১ থুংলৈএ। ৮নি শকোনসেন্তা হিযাঙৈকী সংক্রান্তি হৌএ। পোযম্নু থাভি থাঙসনা হুনএ। অতু মুমিংতা কৈমাওতা হাও শন হুপানা হুপী ১ তানা থিল্লমএ। ৪নি লৈপাকপোকপতা দেবেন্দ্র ঠাকুবকী

বাপু শ্রীযুৎ স্বাখ্বা যুবরাজ স্না য়াথং হায়এ। মমাঙতা ঠাকুরশিং নব রত্নচিংনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমকপু মাহাক্কী শেংননপা শ্রীঠাকুর সিদ্ধান্ত ব্যবস্থাকারিতা লাইমিক য়েংহল্লবতা শ্রীগঙ্গাতা স্নান তৌরপকা মাকী শেংননপা ওইএ হায়না শ্রীগঙ্গা স্নান তৌহল্লুবতানা শ্রীভাগবত ধর্মকী মতুংইন্না ব্রাহ্মণ সভা পুন্নমহ্নং লৌপিরপতা শুক অবিপা ময়ুমকী শ্রীঠাকুর হনজবা শ্রীব্রজমুহন ঠাকুর শ্রীপানচি শংলাকপা ভাগবতি ঠাকুর মাখোই অসিনচিংবা কাঙলুপ নখোয়না য়ামপুং মহারাজ স্না হাকথকতা শেংনখিরবরু ঐগী হাকথক্তা করি য়াতাপা হায়এ। শ্রীনিত্যাইপাৎ স্নাহ্নং য়াতাপা নখোয়পু শ্রীগঙ্গাপু মাননিতাপা শ্রীভাগবতপু মানিতপানে হাযরপতা ঠাকুরশিং অয়ামপা পুন্নমানা লানলে হায়তুনা য়াবে। অতু ওইরপতি শ্রীবৃন্দাবণচন্দ্রদা তন কৎতুনা ব্রাহ্মণ সভা মখোয় পুন্নমকা তেবেন্দ্র ঠাকুর যাওনা মহাপ্রসাদ থুনময়তুনা শ্রীনিত্যাই বংশনা চোইথনি লাউতুনা লোইপিবপা মতুং অসিতা ঠাকুরশিং নখোয়না শ্রীভাগবতকী মচুম থক্তুনা যাকহ্নসে হায়পতি কবিকিনো হংলকপতা ইথোয়তি মরেপএ, য়ারোই হায়না খুমএ। শ্রীযুৎ যুবরাজনা য়ামবুং মহারাজ স্না হাকথক্তগ্নং চামন-থকময়থবে শ্রীনিত্যাই বংশকী মমাংতম্ন্ মহাপ্রসাদ থুনমনবে। হৌচিক ১ম্নং য়াতরপতি শ্রীগঙ্গাপু শ্রীভাগবতপু শ্রীনিত্যাইবংশপু নব রত্নচিংপা ঠাকুরশিং সভা পুন্নামাপু কিতপা থোকলে নখোয় থরা ৪ অমনা লৈও হায়তুনা লৌবাইতা লৈহনএ। ৮নি থাওসতা পোযল্লকী সংক্রান্তি হৌএ। ৯নি লংমাইচিংতা হোংতুং খুল্লাকপকী মচা ২না শ্রীযুবরাজপু খুক্তমলৈএ। ১২নি লৈপাকপোকপতা লংমাইচিংতা শৌংচনবা মুপী ১ শিএ। ১৩নি য়ুমশকৈশতা মোইবাংনা কৈ ১ ফাবকএ। ১৭নি লংমাইচিংতা ইপুং-শিচা সেনাপতিনচিংনা লৈবাক পুন্নামা শামু ফাবা চৎএ। শ্রীবাসমণিপু অঙোম নিংথৌ হাপএ শ্রীইপুংশিচা ছইনাইতাপা ইপুংশিচা লৌরুং পুরেন ২মাপু মন্ত্রি হাপএ। ২৫নি নিংথৌকাপদা শামুনা মী ৪ শোকএ। ১তি শিএ। বাকচিং থাতি লংমাইচিংনা হনএ। ৮নি লংমাইচিংতা বাকচিংকী সংক্রান্তি হৌএ। ৯নি নিংথৌকাপতা য়ুহারাইএ। অতু মুমিত্তা শামু ভানপম্নং কংদহুনা হনলকএ। ২০নি শকোনসেন্না শ্রীমহাশয় ঠাকুর চঙথিএ। ২৯নি লংমাইচিংতা অর্থতোই থোকএ। ফাইরেন থাতি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৩নি শকোনশেন্না য়াইরিপোক্তগী কৈ ১ ফারকএ। ৪নি ঈরাইতা সাহেব ২মানচিংনা থৌনাউ মুবিদার য়াওনা চন্দ্রপুরতাকী লমলাংতোং

য়ৌনা লমগী শেমলকপা থুংলৈএ। চিরি চাংকৎতকী শামুপন য়ৌনা লম লথা ভকক লীশীং অমা এরিফু মাথোই থুনিং আহুমনে। ৫নি থাঙসতা চঙ্জিংতা মী ১ শিএ। ৬নি লংমাইচিংতা ইবুংশিজ সেনাপতিনচিংনা লৈপাক অপুম্বা শামু তানবা চৎএ। ৮নি লৈপাকপোকপতা কাইরেনকী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি ঈরাইতা কাবোৎ হৌএ। ১৮নি শকোনসেন্তা ইপেম্মশিংকী শঙয়াম হৌএ। ২০নি থাঙসতা য়াচং মতুং পুং ২ লৈরিঙৈতা শামু ২ যাবকপা থু লৈএ। ২১নি লংমাইচিংকী মুমিৎ মুংপা মতুং পুং ৭কী মঙ্গুংতা শামু যাপনবা[১] ১ থুংলৈএ। ২৩নি লৈপাকপোকপতা বামন লৈহাও থাপাকী মচা অঙাংপা অমনা ফনফাম্বা ফমঙামএ। ২৪নি য়ুমশকৈশতা শামু য়াপনবা থুংলৈএ। ২৯নি লৈপাকপোকপতা বামন্না কুচুতা ফমঙামএ। লৈহাও থাপাগী মচানে। সনা শন ১ পীনৈএ। থাশি নোং য়ুমশকৈশতা মুমিৎপু শানা যৎএ। লমদা থাতি শকোনসেন্না হুনএ। ২নি ঈবাইতা হোংনেম-শুমপন ১ কাংঙাথোঙদা নঙলাকনা শিএ। ৯নি শকোনসেন্তা লমতাকী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি ঈবাইতা শামুবৌ মনীংতা ইবুংশি য়ুবরাজনা কৈ ১ ফাবএ। হুন্নকপতা ৫ক লাপা ১সুং চেনশিন্নজুনা ফায়এ। ১২নি হংথাইচংতা কৈনৌদা কৈ ২ ফাএ। চাপরো মনীং, ঙাচিংখোংতসুং ইবুংশিজ য়ুবরাজনা কৈ অমা ফাবএ। ১৭নি ঈবাইতা পাওশিতেকতা কৈ ১ ওক ১ শংঙাই ৭সুং য়াওনা শ্রীযুৎ মহারাজনা ফাবএ। ২০নি নিংথৌকাপতা নোংশিংনা চৈরাপ হুনথেকএ। শজিবু থাতি ঈরাইনা হুনএ। ৩নি লং-মাইচিংতা চাওপোকতা কৈ ১ শঙাই ১ থাবশা ৪ ইবুংঙো য়ুবরাজনা ফায়এ। কোণ্ডুং অমনবদগী কৈ ২সুং হাওনা থাম্বনা পুথৎলকএ। ৫নি লৈপাক-পোকপতা মোইতাংপোক্পগী কামার লংতুম মানবা ১ কংলৈএ। ৯নি ঈরাইতা ইচাইথা শামু ফাবা ১বক ইবুংশি সেনাপতি দেবেন্দ্র সিংহনাচিংনা চৎএ। ১০নি থাঙসতা বিষু সংক্রান্তি ওইএ। অতু মুমিৎতা কৈ মশীং লাক্লনা কৈপুংকী নুংদা লাইথিব ইকইএ। চহী ১গী মনুংদা ইবুংশি য়ুবরাজনা মুপ্পা কৈ মশীং ২৬ ফায়এ। চোমচোনবা লুপগী কুম শোক ১৭৬২। ১১নি নোংমাইজিংদা শজিবুগী পালোক ওই। ১৩নি লৈপাক-পোকপদগী য়ৌনা পুক য়াম্না চৎএ। মী লীশীং ৬ শিএ। অমকা-অমকা চঙনত্তে। পোৎলোইবা ঙমদে। ১৯নি লৈপাকপোকপতা শামু য়াপনবা

১। শামু য়াপনবা—মথা থিন্দোকলবা শামু।

১ অমোম ১ যাক্তোমপোক ১ যুতুং যুথক মতুং পুং ৩ তাখিবগী মমুংদা থুংলেএ। শুপা ১৭ কাযএ। কালেন থাদি নোংমাইজিংনা ২নি পানএ। ৭নি ঈরাইদা ইপুংশিজ মন্ত্রি শিএ। ইবুংশি সেনাপতিগী মতু ২মু শিএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ১২নি যুমশাকৈশদা মোইবাং নিংথৌ হাপএ। ২৯নি থাওজদা হিজিগাংদগী[১] হিংম্না মংক অমা পাংনা লৈথংএ। ইডা থাদি নিংথৌবান্মা হনএ। ২নি লৈপাকপোকপদা গিবেন মমাই ওনশিন্নবা থৌ তৌএ। ৭নি থাওজদা প্রেম তবজিগী ল ইংক তাবা হৌএ। ১১নি লাংগোনসেন্দা লৈশাং হিতেন যাংতুনা শ্রীযুৎ কাখা যাওনা ভাথিএ। শবেং ৪০ কাযএ। ১০নি ঈরাইদা ইডাগী সংক্রান্তি তৌএ ১৪নি নোংমাইচিংদা অমুক শ্রীযুৎ সনাথুযানা লৈশাম হিংডনা থাদি। শবেং ৬০ কাযএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা শ্রীচগয় থ মহোৎসব তৌএ। ইডেন থাডি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৯নি যুমশাকৈশদা শ্রীগোপাই সাবুংগা সাবুৎ গম্ভরাজগী মচা কুগীগা লুহোংএ। ১০নি লাংগোনসেন্দা কং চিংনদা মী ১ শিএ। ১৩নি নোংমাইজিংদা লাইবেনজমগী শম্না মাকাক ২ লোংবা পোকএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা কাডগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি থাওজদা নাবনাকানচিন্দা নুং অপিশা ১না লম ৭ বুৎলংএ। থৌবান তেংন চিংদমু শেনতাং শযোম ৩ শিএ হংযতুনা শ্রীযুৎতা হনথংলএ। ২৬নি থাওসতা গোশাইনা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগী মমাডদা লাইবিক থিএ যুবরাজনা মা শন ১ কৎএ। থবান থাদি যুমশাকৈশনা হনএ। ১১নি নোংমাইজিংদা খুলোনগী ঈশিংবু হংনা শোংথৎএ। ১৬নি ঈরাইদা থবানগী সংক্রান্তি ওই। ২৯নি যুমশাকৈশদা শ্রীননাও ইবুংঙো সেনাপতিনচিংবা কংসাতোং-পিত্তা শামু কাবা চৎএ। থাশি লাংগোনসেন্দা নবদ্বীপকী পাজিনা সূর্য্যগ্রহণ তৌগনি হায়রকপবু মনিপুরগী পণ্ডিতশিংনা তৌরোই হাযএ। তৌথিদে। লাংবন থাদি ঈরাইনা হনএ। ২নি থাওজদা শামু যাপনবা ১নচিংবা শামু ৪ থুংলএ। ১৮নি নিংথৌবাবদা লাংপনকী সংক্রান্তি ওইএ। লাংবন থাদি থাওজনা হনএ। থানিম নোংমাইজিংদা নোংমৈ তোপ চোংথোকএ। ১৬নি মিংথৌবাবদা কৌক্রনা নোংমৈ থাযএ। ২০নি লাংগোনসেন্তা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি নোংমাইজিংদা শামুনা শন ১ হাংতুনা প্রাচিং তৌএ। ২৪নি মিংথৌকাবদা কলকতাদগী উচি হৌতোং মরম চাওবা অবাংবাতুং যাওনা

১। হিজিগাংদগী—হিযাং হিরেন থমন্দর শঙদগী।

৭ পুরকই। ২৯নি থাঙজদা শ্রীযুৎ স্নাথ্বাদা খোংচাই হাওনা মীয়াম্মা লাননা হাংএ হায়হ্রনা হায়জবৈএ। শ্রীমনাও ইবুংঙো সেনাপতিনচিংবা সিফাই লৈশিং ১ চামডা লান চংএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি নিংথৌকাবমা হনএ। ৩নি মুমশকৈশদা শামু অচৌবা ১ শিএ। ১০নি মুমশকৈশদা লাইকম শঙলেন হৌএ। ২০নি থাঙজদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওই। ২৯নি নোংমাইজিংদা ইবুংঙো সেনাপতি খোংচাই নাক্রবা খুংলএ। লান ১০ ফারকএ শস্ত্র ইরোই খোমলকএ। সাহেপনা নোংমৈ ৪ তা ১ পীনৈএ। পোয়ন্থু থাদি শগোনসম্মা হনএ। ১৫নি শগোনসন্দা শগোন তাচি মচা পোকএ। ২০নি নোংমাইজিংদা পোয়ন্থুগী সংক্রান্তি ওৌএ। ২৩নি মুমশকৈশদ ইবুংশি যুবরাজ কপোকপাংঙো উতোংচাক চাবা চংএ। বাকচিং থাদি শগোনসেন্না হনএ ১৪নি মুমশকৈশদা চঙহন্দনা ব্রাহ্মণ কহুংগী মথে ওইবা চঙও হায়হ্রনা চংহন্থিএ। খৌবান্দগী থানহল্লকএ। ১৭নি নোংমাইজিংদা শ্রীগাইগ্রপনগী ঠাকুর হুঙববু শ্রীযুৎনা লশনতন ৯ মাকা লৈপাক্কী পাত্র মন্ত্রী পুম্নমক্না দরবার তৌদুনা লোংমৈ নশাক কাপতুনা ব্যবস্থাকারী হাপএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা যুহাবাএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা বাকচিংগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৫নি ঈরাইদা কোকচাইদা শামু যাবকপা থৈপিক পুথাইএ। ২৪নি থাঙজদা শ্রীনিত্যাইবংশ গোসাইদা লুপা ১০০০ শ্রীযুৎনা দান তৌদুনা চঙশিএ। যাইরেন থাদ থাঙজনা হনএ। ২০নি মুমশকৈশদা যাইরেনগী সংক্রান্তি ওই। লমদা থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ৫নি ঈরাইদা চিংঙা-থমচাদা নিংথেম মচেম শিক্ষ শিনথৈএ। মাঙ্গ মুনিঙো ইবুংশি সেনাপতিনা সিপাই ১৫০০ পুদুনা শ্রীইপুংশিজ থুনাইলাকপা শ্রীইরোইবা মেজোর শ্রীলাইশরবা মেজোর লোঙোনবা পাহেলা সোইদৌম্বা পহেলা সুবিদার ৯ জমাদার ৯মা সিপাহি ১০৫০ লোয়ননা খোইপুপা থাঙী হাও নাবা চংএ। ২০নি ঈরাইদা লমদাগী সংক্রান্তি ওই। শজিবু থাদি মুমশকৈশনা হনএ। ৫নি থাঙজদা হাওখুন সেকপাও চঙবা হৌএ। শ্রীপোংশংবম পানচি লালুপচিংববু ইবুংশি সেনাপতিনা হংএ। হন্দক্কী লানকম অসি কমওইগবা হোংও হায়রবদা পোংশংবম পাজিনা স্নাথুয়া পুংফম অসিদা চঙও লাম অচঙবা ৬ ফাকনি হায়হ্রনা হনখংচৈএ। হাওখুন থুগাইরে লান অচঙবা ৬ ফাএ। পামচি মঙদি চুমএ হায়হ্রনা ফৌনাদা লৌ পরি ১ পীএ[১]।

১। ফৌনাদা লৌ পীবা—ফৌ পান্দোং য়াওনা মহৈস্র লোকখিনবা মনা ওইনা পীবা।

শ্রীসেনাপতিনা সেকপাওদা লৈহনা শেনপুং ১ চোংপীমাং ১ তারোন ১ হাওখুন থমানচিংবা থাগী হাও পুম্নমকপু লোই চন্নমএ। ইবুংশি দেবেন্দ্রসিংহ সেনাপতিনা হাওখুন পুম্নমা কৌহনা নঙখোয়দি তুমেন মপাল্লা তাহনা কত্ত হৌথিবা তৌকবোই। তৌরপতী নখোঙ উংকী মপৈ ওইনা তুমহনগে হায়রমএ। শেনপুং, পুখম, হামেং, শত্তং, কিয়োম্নচিংবা মশীং থিঙম হায়-ভামদনা লোই হাবকএ। ১৮নি ঈরাইদা ইবুংশি সেনাপতিনা হাওখুন পুম্নমকী নিংথৌগা লোয়ননা শ্রীযুং মযাম্পু'দা কংলৈএ। ১৯নি থাওকদা হাও নিংথৌ পুম্নমা কম কাএ। ভম্না মাগী মাগী মথুন্দা হলহনখিএ। ২০নি নোংমাইজিংদা পিষু সংক্রান্তি ওই। হৈসনাম পুর্নগী কুম শক ১৭৬৩। ২১নি নিংথৌকাবদা শক্তিবুকী পালোক ওইএ। কালেন থাদি শগোনসেম্মা হনএ। অছু মুমিত্তা ইপুংশি লৈশংথোম্বা লাঙথেলদা থাম্নএ। ২নি ঈরাইদা শ্রীঅঙৌপানবা রাসমণি অভিষেক তৌএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা গোম্বাই ১ খোকললকএ। ১২নি নোংমাইজিংদা কোংবদা কৈ ১ কাযএ ১৩নি নিং-থৌকাবদা ময়াংলমগী ইপুংশিজ ত্রিভুবন সিংহ, রামসিং মচিন মনাও[1] ২মা লাকএ হাম্না পাউ তাহনা শ্রীমনাও ইবুংঙো সেনাপতি মাবলংদা লান চংএ। ১৯নি লোংমাইজিংদা শিফাই কি থেনএ। ২১নি যুম-কৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি ওই। ২৩নি শগোনসেন্দা চুংকোংই ১ শিকারি ২ খোমলকএ। ২৩নি ঈরাইদা থমনোং শেনপাংযান ১ মাগী লোকচন্দা শোকনৈএ। নাওরেমচা ১ শিএ। অহিং নোংযাই মতুংদা সনা ত্রিভুবনজিৎ মচিন মনাও ২মা কোম্নুং চঙএ। ইবুংশি যুবরাজদি নোংমৈ তোপ মকমদা লেকএ। ২৪নি থাঙজগী অযুক্তা স্না মচিন মনাও ২মা লানকমদা থীরে। লানকমগী মহুংদা মী ২০ শিএ। লোয়নববপা ইবুংশি স্না শাচৌবত্তি লমথাঙদগী চেনখিএ। খুং পুম্নমক্তি ইবুংশি যুবরাজ রাখন কবনা মাগী মাগী মঙাই মশেনবু য়োকও হাযনা খাদোকপীখিএ। ইপুংশিজ বামান্দী ইপুংশি চাওবাত্তোন ২মাদি লোয়নবকপদি ম্নাংদে - অরাকপা মীনা ম্নাওএ

---

১। ইপুংশিজ ত্রিভুবনসিং রামসিং মচিন মনাও- মৈদিংঙু চৌরজিৎ মহা-রাজগী মচা ইবুংঙো ওাকনি। শ্রীপঞ্চযুক্ত চৌরজিৎ নোংচুপ ভালোক রাইম শামহৈবনা খুমোংমথম চন্দা সনা ত্রিভুবনজিৎ, খুমোংমথম চন্দ থাযমদা সনা রামসিং, খুমোংমথম চন্দ নাহাদা সনা তিলাম্বাবা পোকই। সনা রামসিংগা সনা তিলাম্বাবগা অনীদি থাম্না থনমহে।

হাবচুমা অরাবম থাচিনখিএ। ইভা থাদি থাঙজনা হনএ ২মিঙ পানএ। ৭নি শগোনসেন্দা ইপুংশিঙ চিবানাচিংনা মরুপ ১ অরাংলম লাকএ হায়চুনা লান ভাঙুবকু কোয়েং ১২ তা ২ চুংকোই ৩ খোয়লকএ। ১৬নি থাঙজদা নোংখোনবা পহেলানা নিপা ১ কারকুনা কৈথেক্তা খুনখোইনৈএ। ২৬মি থাঙজদা ইভাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু মুমিত্তা পোইরৌ খোং-জিনদগী কৈ ১ কারকএ। ইভেন থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। ১৩নি শগোনসেন্দা খিংনোংকৈদা লোংজামবা, পোংশংবা হজবা লমাগী মমাইনা হাও ও হাংএ হাবচুনা গুগ্নদা থাযএ। ১৪নি ঈবাইদা ইবুংশি যুবরাজনা নোংচুনবা লৈশাং হিজেন্দা হিয়াং হোনএ। ২২নি নোংমাইজিংদা বামন্না শাচম ১ কাযএ। ২৫মি যুমশাকৈশদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওই। থবান থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। ১২নি ঈবাইদা ককচীংদা কৈ অমা ফাএ। ২৮নি নোংমাইজিংদা থবানগী সংক্রান্তি ওই। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৬নি নো মাইজিংদা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগী লাইশঙদা ঈ তাইএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা শামু মচা লানা অমা পোকএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা চঙাংকৈদগী কৈ ১ ফারকএ ৩০শি নোং যমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওই। মেরা থাদি শগোনসেন্না হনএ। ১৪নি যুমশকৈশদা শঙাইংবৌংগী কৈ ১ ফারকএ। মেরা থাদি মলমাস ওইএ। মেরা থাদি ঈরাইনা হনএ। অহু মুমিত্তা মেরাগী সংক্রান্তি ওই। ৭নি শগোনসেন্দা ইবুংশি সেনাপতি শ্রীঅঙৌ-শানবা ২মানচিং বা লেশাকী কমনাইবা পুযমা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগী লাইশঙ খোনএ। হিয়াঙৈ থাদি নোংমাইজিংনা হনএ। অহু মুমিত্তা নরসিং তিন্নাদগী শ্রীরামচন্দ্র প্রভু পুরকপা থুংলৈএ। অহু মুমিত্তা নাম পালা লিংবা হৌএ। ফিকেকী তুপি ভচৌপা উপহনএ। শান শুহুনা শ্রীরামপ্রভুগী মমাঙদা মহা সংকীর্ত্তন তৌএ। অহু মুমিত্তা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি ঈরাইদা খ্বাইবমবন্দা লাইশঙ মাঙোপ শাহুনা শ্রীরামচন্দ্র শঙকায়এ। পোয়্নু থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। অহু মুমিত্তা পোযহুগী সংক্রান্তি হৌএ। ৭নি যুমশকৈশদা মুহাবাএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা লপোইবা গোপালদাসপু ময়সিংহ তিলাদা নরসিংহ ঠাকুরগী সেবা তৌও হাযমা চঙহনখিএ। থানিন লৈপাকপোকপদা জর্নেল সাহেপনচিংবা ২ থুংলৈএ। ১৬নি যুমশকৈশদা কোলেক হাওনা নাই ১ শেনবুং ১ তেজোং থরুপ ১ থুম যাংকোক মরুম পাকপা ১ কংলৈএ। ২০নি থাঙজদা নোংমাইথেঙা মুহুনসিং পোংশংবা

হুজবব্ পণ্ডিত ২ম্মানচিংনা মাইবা শণ্ড ৩মাগা লোয়ননা হিয়াং হিরেন তোংদুমা ঈরানবা চৎলে। ২৪নি যুমশকৈশদা ঈরানবা থুংলৈএ। রাকচিং থাদি যুমশকৈশনা হনএ। অমু শুমিত্তা রাকচিংগী সংক্রান্তিদুং ওইএ। থানিন নোং যুমশাকৈশদা থা শানা ফংএ। ১৮নি থাঙজদা গোসাই ১ থুংলৈএ। পাশি নোং শগোনসেন্দা কাইবেনগী সংক্রান্তি হোঐএ। কাইবেন থাদি ঈরাইনা হনএ। ৩নি নোংমাইজিংদা শ্রীমনাও ইবুংঙো সেনাপতিনা অরাং হাওজা থোদাবা চৎএ। ৪নি নিংথৌকাবদা হমুন থোংচোমগী সেকমাই থাগা খুবাক ঈপৈ কাংনহনএ সেকমাইনা হেত্রে। থুম নামা শেন লখা ১০ পীনখিএ। পকনী শুমিত্তা থাজা মোইরং ১ কাংনৈএ। থুম নামা পীএ। ৭নি শগোনসেন্দা মহাশয় ১ থুংলৈএ। ১০নি নোংমাইজিংদা শ্রীপাজি শঙলাকপা চন্দ্রসিংহদা যুম খুজি, ননথাং পুংহং পীএ। ১১নি নিংথৌকাবদা ঙাচিংথোংতা শ্রীযুৎ মণিপুরনা কৈ ১ কায়এ। ১৬নি থাঙজদা কৈরাওদগী কৈ ১ ফারনএ। ২৯নি থাঙসতা শামু যাইশা ভাগ্যচন্দ্র ভাকনাদগী কায়এ। ২৬নি নিংথৌকাবদা যেনংথ ইন, হাঙপন ২না লোই থাইএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা অরাং হাও হনা নাএ। ২৮নি শকোনসেন্তা হুন্দুংনা কৌপোং ২৫০ কংলৈএ। থাপ নোং শাঙসংতা লংভানী সংক্রান্তি হোঐএ। লমত থাতি লংশাইচংনা হনএ। ১২নি যুমশকৈশদা গোসাই ২ থুংলৈএ। ১৪নি ঈরাইতা শ্রীমনাও ইপুংসী সেনাপ ৩ অরাং হাও নাকপা থুংলৈএ। হুন্দুং থুমলাকপনচনা হাও ৩০০০ ফারকএ। অমু মুমিত্তা ইপুংশিচা থুরাঙলাকপদা থনবা শাঙবা কুৎপু লোইহ থাএ। ১৭নি মিংথৌকাপতা শনশেনপম লৈরাংবী কৈ ১ কারকএ। ১৯নি যুমশকৈশতা কৈরাওতকী কৈ ১ কারকএ। ২১নি ঈরাইতা শামুলৌতকী কৈ ২ কারকএ। ২২নি থাঙসতা শ্রীযুৎ মহারাজনা লুপা ২০০০ মতোন ইবুংঙো শ্রীযুবরাজনা রুপা ২০০০ সনা ফিকে অভৌপতা সনা মোহর ১না কোংকোন থিনপা ১ শ্রীমহাশয় ঠাকুরতা বিদায় তৌতুনা চঙশিএ। ২৩নি নোংমাইজিংদা গোসাই ১ থুংলৈএ। শজিবু থা অহন নোং নিংথৌকাপতা বিষু সংক্রান্তি ওইএ। মুতুবা মোহম সিংবী কুম শক ১৭৬৪। ২নি লৈপাকপোকপদা শচিবোইবী পাকেংক ওইএ। ১৮নি নিংথৌকাপতা লেন য়াম্না ভাইএ, নোংশীংখু হাকনা শীংতুনা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রকী কীরান লম ১৮ রাংবা তেকএ। ১৮নি যুমশকৈশতা শ্রীগোসাই ২ চঙখিএ। ২৫নি শকোনসেন্তা শোংশোক নিংথৌ চঙখিএ।

২৯নি নিংথৌকাপতা শ্রীগোবাই ৪ থুংলৈএ। কালেন থাক্তি যুমশকৈশনা হুনএ। ২নি শগোনসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২৪নি শকোনসেন্তা ঔবা লৈপাক্লগী ইপুংশিচা শ্রীপূর্ণসিংহ থোকলকএ। ইঙা থাক্তি শগোন-সেন্না হুনএ। ৫নি নিংথৌকাপতা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থা থাঙজনা হুল্লে। অতু মুমিত্তা থাংকমপাৎ কোয়ন' ত্তৌএ। ৬নি যুমশকৈশতা শ্রীগুরুনন্দন ঠাকুরগী লাইশঙ মাগোপ ২মা মৈ চাকএ। ৭নি শকোন-সেন্তা ইঙেনকী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থাক্তি লংমাইজিংনা হুনএ। ১০নি নিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থা নিংথৌকাবনা হুল্লে। অতু মুমিংতা লংমাইথেমপা নোংথোনপপু বামোন ইনথোকজিবনা তেক পী হায়দুনা বামোন্দি ককচাংতা থায়এ। ময়ানবা রাজকুমারশি লৈশাংথোংতা থাযএ। ১১নি শকোন'সন্তা লাংবনকী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থাক্তি য়ুমশকৈশনা হুনএ। ৬নি লংমাইচিংতা কোকচাইতকী কৈ ২ ফারকএ। ১১নি থাঙসতা মেরাবী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি থাঙসতা যুহারাইএ। অতু মুমিত্তা সনা থুনচাঙপা মা খেবো কৈতা শঙলাকপা বামোন রাথোপ ওমাপু থোংহিং চনএ। হিয়াঙ্গৈ থাক্তি শকোনসেম্না হুনএ। ১২নি নিং-থৌকাপতা হিয়াঙ্গৈকী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়রু থাক্তি থাঙসনা হুনএ। ১২নি যুমশকৈশতা পোয়রুকী সংক্রান্তি হৌএ থানিন মোং থাঙসতা শ্রীযুৎনা যজ্ঞ তৌএ। ১৬নি লংমাইচিংতা ভাচি খোংতা যুবরাজ কুমদুমা কৈ ৫ ফাযএ। বকচং থাক্তি লংমাইচিংনা হুনএ। অতু মুমিংতা ভাও-রোইনাইনা শামুবেতা হিয়াং মরুম চাউনা থোকএ। ৬নি থাঙসতা শ্রীযুৎ যুবরাজনা কোন্তদা কৈ ১ ফাযএ। ৯নি লৈপাকপোকপতা শামুরোতা শকোনশম ১ থক্কী তেল[১] তাক্তুনা শিএ। ১১নি শকোনসেন্তা বাকচিংকী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি ঈরাইতা থিয়া অপুং অতোন, থোকচাও পনমালি মুবিদার ২মানচিংনা খৌপুম লৌ উপা চৎএ। ১৩নি থাঙসতা ইপুংশিজ শামুহঞ্জপানচিংমা ভাঁমৈ নাপা চৎএ। ১৮নি শকোনসেন্তা শ্রীগোবাই চঙখিএ। ফাইরেন থাক্তি লৈপাকপোকপনা হুনএ। ৯নি শকোনসেন্তা থৌকুনাও লাইফম লাকলম্বা হং চনএ। ১০নি ঈবাইতা ফাইরেনকী সং-ক্রান্তি হৌএ। ১২নি লংমাইচিংতা বিষ্টোন সাহেব অবারম চঙখিএ। ১৮নি ঈরাইতা পানচি শঙলাকপা খুম্মোং চন্দ্র সিদ্ধান্ত শিএ। ২০নি লংমাইচিংতা

১। থক্কী তেল—বজ্র।

শঙাইশেন পাইএ। অতু মুমিত্তা শ্রীলাইবেন লাকপমচা পানচিপ্‌ চৎনপা হৌএ। সনা শামু হজবম্ভুং ভাইৈ নাবা থুংলৈএ। শামুক শশুং থোমলকএ। কাইরেন থাতি শকোনসেন্না হনএ। অতু মুমিংতা অম্রোদগী কৈ ১ কাবকএ। ৫নি নিংথৌকাবতা লৈচিন অঙৌপা শাংনা থোকএ। ১১নি লংমাইচিংতা লমতাকী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি ঈবাইতা শিংগু্‌ৎ লৈকাইতকী কৈ ২ কাবকএ। শজিবু থাতি থাঙসনা হনএ। ২নি লংমাইচিংতা কোক-চাইতা শ্রীযুববাজনা কৈ ১ কাএ। অতু মুমিৎ লৈচিন অঙৌপা থোকপা তোকএ। কিবিংকি ৫মুং থোকলকএ। ৪নি লৈপাকপোকপতা কিরিংকি সাহেবনা শ্রীযুৎতা শঙম ১ কৎলৈএ। ৭নি ঈরাইতা কৈনৌতকী কৈ ৪ কাবকএ। ১৩নি মুমশকৈশতা বিযু সংক্রান্তি ওইএ। অহোংশাংপম প্রেম-শিংগী কুম শক ১৭৬৫। ১৪নি শগোনসেন্দা শচিকোইকী পালোক ওইএ। ১৮নি নিংথৌকাপতা শ্রীতোংব্রমচা নাহাকপ লাকপনা স্না খুনেৎ হি উনিংথৌকী ১নচিংনা হি ৫ য়ানপা থুংলৈএ। স্না পুকনীং থুংতুনা সনা খুৎশি পীএ। ২৪নি লংমাইচিংতা গোবাই ২ থুংলৈএ। ২৫নি নিংথৌ-কাপতা ইবোইপা মেজোর মাইস্রামচা মেজোর ২ মানচিংনা মথাবম লান চৎএ। কালেন থাতি লংমাইচিংনা হনএ। ৫নি শগোনসেন্তা যীবাল লম ১৭ কুইপা হুমথকএ। ১৪নি থাঙসতা কালেনকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি লংমাইচিংতা গোবাই ৩ চঙখিএ। গোবাই ওমাস্তুং থুংলৈএ। ১৭নি নিং-থৌকাপতা মেজোব লান চৎপা থুংলৈএ। থাকী হাও মেনতে নিংথৌনচিংবা হাওখুন ২মাকী নিংথৌ কাবকএ। লোইহাপোৎ পুখম শেনপুং হামেং য়ান্না পুবক্তুনা শ্রীযুৎ সনা খুয়াতা কৎলৈএ। ২১নি ঈরাইতা নোংচুপ লমভকী থাঙ খুমোম্বু অঙোম কুমুদনা অযুক যুথক পুং ১ তাপকী মনুংতা কৎলৈএ। চয়ত্তা নিংথৌকী থাঙ ১মুং য়াওরকএ। ২৬নি ঈরাইতা শ্রীগোবিন্দজীগী লাইশঙ হৌএ। ইঙা থাতি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৯নি লৈপাক-পোকপতা থোংমন্তকী কৈ ১ কাবকএ। ১০নি মুমশকৈশতা যুমনাপা লিলাসিং মুপিতারনা অরাংকী কচাই স্নেকসংতা উনিংথৌ লম ২৫ কুইপা নিপা ৫না কোনপা উ লৈএ হায়না স্না মাঙতা হনখৎলৈএ। ১১নি শকোনসেন্তা স্না রাখং হাযথোক্তুনা শ্রীকৌকৈশাংপা তেবান শ্রীসোইপিন্না পহেলা শ্রীহুইত্রোমবা কখান ৩মানচিংনা অরাংলম হিরেন য়ানপা চৎএ। ১২নি ঈরাইতা মাকলং কৈথেন কাহনপা হৌএ। থানিন নিংথৌকাপতা মথায়মকী

হাও ফম কায়এ। ১৬নি লৈপাকপোকপাতা ইঙাকী সংক্রান্তি হোঁএ। ১৭নি য়ুমশকৈশতা চিংখৎ কৈতগী কৈ ১ ফারকএ। ২৬নি ঈরাইতা হিয়েন তুয়ে হায়পা পাও থুংলৈএ। ২৮নি লংমাইচিংতা শ্রীমনাও ইপুংঙ্, দেবেন্দ্র সেনাপতিনচিংনা লৈপাক পূম্বমা হিয়েন চিংপা চৎএ। অতু মুমিং শ্রীযুবরাজনা শ্রীলাইরেনলাকপা পানচিপু সনা য়াথং কৌশিন্দুনা হুঙএ। হি অসি কয়া চাও শাংপা মওং কয়ম ভৌরকপা কয়ি মুমিংতা থুংলকপা পুংফম কতাইতা থুংলকপা মা য়াথং হুঙএ। ননাই ঐ লাইরিক লাইত্ত য়েংচতুনা মা খুয়াকী শ্রীচরণতা কৎচকে হায়না থুমচৈএ। মানা হোংতুনা কৎচপা ময়মতি মা হিংংতি মতোন পোংকনি মকোক চাউকনি উয়াংলম ময়ম হুকনি অহকপা মমুংতা উ মচা ১ হৌকনি। মথাং চেংনা মীকী মূর্ত্তি মানকনি খুতুপ ৯০ শাংকনি। খুতুপ ২ কাপলেন ১ যাংকনি। সনা হিনা থুংকতপতি ইঙেন পূর্ণিমা শকোনসেনকী মুমিং য়ুংপা মতুং পুং ১ তাখিপা ২কী মমুংতা লিনলোং য়োকনি। য়ুতুং য়ুথক মতুং পুং ৪ তাখিপা ৫কী মমুংতা সনা কোমুং য়োকনি হায়না শ্রীযুৎ মাখাকী শ্রীচরণতা ইত্তানা কৎচৈএ। ইঙেন থাতি য়ুমশকৈশনা হনএ। ৪নি থাঙসতা থাওদেমগী মচাপু সম্মা চিকএ। ৯নি শকোনসেম্বা শ্রীগোবিন্দজী লাইশঙ শঙকাইএ। রাস মণ্ডলদা থাবিসা ১ চঙনা ফায়এ। থানিন নোং লৈপাকপোকপতা মীরৈবাকী পাঞ্জিনা চন্দ্র-গ্রহণ ভৌগনি হায়বকএ। মণিপুরগী পণ্ডিংনা ভৌরোই হায়এ। ভৌখিত্তে। ১৯নি থাঙসতা ইঙেনকী সংক্রান্তি হোঁএ। ২৭নি নিংথৌকাপতা কালারাজা হাপএ। ইপু সি পুর্নশিংসু শিএ। থবান থাতি ঈরাইনা হলএ। থানিন নোং শকোনসেম্বা মা হিবেন সনা মিংনা য়েংউরপতা লাইরেন লাকপা পানচিনা মুনিং পুংফন হিংং হিতম মচাও মশাং হায়খিপা পুমমা ১তা শোয়ত্তে। শ্রীযুৎ ম খুয়ানা লিলোং য়োপা পুংফম চুমপরা য়েংকে নোংমৈ থাহনএ পুংফম সোয়ত্তে। ১৬নি ঈরাইতা পাইজা থাইএ। ২০নি লৈপাক-পোকপতা বাইকোক্তগী শোইয়া খোইরু থাবৱু লাইফম পানা ওইহল্লে। থবানকী সংক্রান্তিসু হোঁএ। ২৬নি নিংথৌকাপতা অবাং হাও শন হুরানপা ১ ফংতুনা খোয়িখুমা মকোক কক্তুনা পুরকএ। লাংবন থাতি থাঙসনা হনএ। ২১নি ঈরাইতা লাংপনকী সংক্রান্তি হোঁএ। মেরা থাতি লংমাইচিংনা হনএ। অতু মুমিত্তা শ্রীম্মা হিয়েন হিক ভেমাই থক্তা, সনা পূময়োম, হিয়াম নিংতম পূম খিন সেংকোন কাবুপ ইমাইচোন, চিংলাই ২ লিয়েংনা

লাইরেন ২ থাপাংনা পাক্কন তোকলেন খুতুপ ২ হাংপা চিরেন লাংয়েন থক্তা সনা পুন্ন য়োম মনী তমক্তা থিন হিরেম হিশাং পুয়মাতা মেংশেন কাকুপ পুন্ন চন হিনাউ কাওতোন থক্তা মালেম লৈপাকলৈমানা শামু রাতা পমনা হিরেন কোলোয় মনিংপু শ্রীচৈতন্যদাস কোলোয় নিংথোলনা শ্রীব্রাহ্মণ শাকৈ চরণতকী পুর্ব্ব জনমতকী হৌনা গৃহস্থ মায়া ককলপা শ্রীগোবিন্দ-জীদা আসক্তচিত্ত ওইবা শ্রীভক্তিব্রশ ঠাকুরনা অভিষেক যজ্ঞ তৌনা স্নারুপা দক্ষিণা তৌনা বিষ্ণুতা শ্রীমহাবিষ্ণুতা কৎতুনা শ্রীযুৎ সনাখুয়া যুবরাজনা লু নাউ তাইএ। ১৯নি শকোনসেস্তা ক্যাং ইংথোক্তকী কৈ ১ শ্রীযুৎ যুবরাজনা কায়। অতু মুনিংতা হিয়াংথাং লাইরেম্বা কা-খ্যাতা যোং চংলকএ তাএ। ২৩নি নিংথৌবাবদা মেনাকী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থাক্তি লৈপাকপোকপনা হুনএ। ২২নি লৈপাকপোকপতা হিয়াঙ্গৈকী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়নু থাক্তি মুমশকৈশনা হনএ। ১১নি থাঙসতা নোংমৈ তোপ চোংথোকএ। থানিন নোং মুমশকৈশতা থা শানা যংএ। ১৬নি শকোনসেস্তা কোম্নুং অবাং থংপতা খোযাথোংদা শ্রীযুৎনা কৈ ২ কায়এ। ২৩নি শকোনসেস্তা পোয়নুকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি নিং থৌকাবতা নোংপোকলমদা শামু অঙৌপা লৈএ হায়তুনা শ্রীমনাঙ ইপুংঙ সেনাপতিনচিংনা শামু কাপা চংএ কংতনা হুলকএ। থাসি নোং শকোনসেস্তা মুমিং শানা কংএ। ৱাকচিং থাক্তি ঈরাইনা হুনএ। ৫নি লৈপাকপোক-পতা চীংঙাতা যুবরাজনা কৈ ২ কায়এ। ২২নি ঈরাইতা ময়াংতকী শ্রীরাধামাধোপ থুংলৈএ। অতু মুনিংতা ৱাকচিংকী সংক্রান্তি হৌএ। কাইদেম থাক্তি থাংসনা হুনএ। ৬নি শকোনসেস্তা থৌরানপিচাক ২ চীকনৈএ। ৮নি থাঙসতা[1] শ্রীযুৎ সনা খুয়া যুবরাজপু শ্রীইপুংশি নবিন[2] সন্ধ্যা মতুং পুং ৫কী মতুংতা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগী হৃদি মন্দিরদা শ্রীভাগবত তাপকী লাই খুক্নিভৈতা স্না পাম্বোম য়েংতা থাঙনা য়ানএ। ইপুংশি নবিনক্তা লোয়নরতুনা মাগুপ চংলকপা মী ৫৩ শুইএ। ইপুংশি নবিনতি অবাং খোংদা থমলে অতুগা থুপথরে। শ্রীযুৎ মহারাজতি শ্রীমমাশিজা

১। তাং ২৭।১। '৮৪৪ ইং

২। ইবুংশি নবিন—মন্ত্রিময়ুমগী কুকমাজ সনাগী মচামি। গম্ভিরনরাজ মহারাজগী মচা ইবুংতো আনন্দশাইগী থাবাদি।

মহারাণীকা লোয়ননা ময়াং চংখিএ[১]। চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজনা চহী ১০ নিংথৌ ফংইরমএ। অয়াংপা মীতি শ্রীহাংপম মন্ত্রী শ্রীকৈশা নোংথোনপা, শ্রীথুনপোং মেজোর, শ্রীসোনচেংপা নৈকংপা, মাইস্নাম হাচারি খেল্লম্বা, ছইরোংপা দোহাব, যুমনাপা কিশোর অসিনচিংবা পুন্নমা মতুমচাকা লোয়ননা লোইকম থুজিংজনা লোই খাইএ। ১০নি লৈপাকপোবপতা লাই কৌপাক ফিজৌ ফোএ।

৭০

## মৈদিংঙু নরসিংহ

১৯নি শকোনসেন্তা শ্রীপঞ্চযুক্ত যুবরাজ অভুমপা যুবরাজ মাহাক অতুতি অন্তর্যামুক্তি থুগমপু পামলমবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগী শ্রীজগন্নাথগী

১। খৃষ্টাব্দ ১৮৪৪ জানুয়ারী তারিখ ২৭ দা মঙ্গলবুধগী ইঙুংশি নখিদা শ্রীযুৎ নরসিংহদা খাজনা শোকহনখিগা কুমুদিনা মহারাণীনা মরাইবুংডো নিংথেম পিশক পুজনা মরাংলৈপাকলোমদা চেনখিবগী মরমদা শ্রীযুৎ নরসিংহনা মতমদুদা মণিপুরদা লৈবা পোলিটিকেল এজেন্ট কাপ্তান জন গোর্দন সাহেবতা থংহনখিংগী মরোল:—

Copy of the letter ( written in the Bengali character) from the Regent of Manipore to the Political Agent, dated 28th January 1844

শ্রীযুৎ নিজেশ সাহেবদা শ্রীযুৎ কাপ্তান গর্দন পোলিটিকাল এজেন্ট সাহেবতা। শালাম লৌথি। থা অসিকি হজাং অষ্টমী থাংচা চহিং সন্ধাকি মতমদা মাঙোপতা লাইহিরিক তাপাতা নিংথেমদা নবিনা চিংবা ফংলাপা তিনা ঐকি ওকচাং হিকনং লোকওয় থুংলাইথোকলাবে আতুহকি নিংথেম মচাকা মি ২ অদুকি খাবে মথোযকি মিয়াম আত্তুকি কংপা ওমশাখি আমিদা মথোই আতু খিপা শ্রীইরোইশা মেজর শ্রীপোইশ্যা পহিলালচিংপা শিখি ১ম বা আসিকি ফিপানা শ্রীযুৎ মহারাজকু শ্রীনিংথৌপোবশিদু লোংশরিয়া খিহনদি আসিনা শ্রীসাহেবস্ব যত্ন হৌবাজে ইতি ১৭৬৫ মাহে ১৬ মাঘ বাংসা

From the Regent to Captain Gordon with compliments

At dusk on the evening of Saturday the 8th day of this moon ( 27th January ) some evil disposed persons herded by the Prince Nabin took up arms and attacked and slightly wounded me while hearing the scriptures ( Hindoo ) read in Chapel With the Prince two men were then apprehended The rest of the conspirators have not yet been taken. Major Broiba and senior Subadar Saibya have been sent in quest of them. Further the Maharajah and Maharajah's mother taking alarm have concealed themselves and I am making enquiries for them It will be well for you to be on your guard Magh 16th 1765 ( January 28th 1844 )

শ্রীচৈতন্য নিত্যাইগী শ্রীবিষ্ণুগী শ্রীমোদোনমুহনগী শ্রীমহাপ্রভুগী পাতম পূজাদা আশকতোক্তি কত্তুনা নববিধা ভক্তি ৯পু নিত্তি তৎতনা তৌজরিপা সেপাপু খিজিক্তা মন্ত্র ওইনা খিচিক্তা লৈংথারকে। নিত্তি ব্রহ্মমুহুর্ত্তদা হৌথত্তুনা প্রাতঃস্নান তৌবগা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী পাদপদ্মদা মানসিক সেবা প্রেম সেপাপু মিত্তি তৎবমা ত্রিসন্ধ্যা ৩পু তৎতনা তৌরিপা মঙ্গলারতি সন্ধ্যারাত্তিনচিংপা পুম্নমকপু তত্তনা দর্শন তৌরিপা ১স্কন্ধ শ্রীভাগবতনচিংনা অন্যাযা গোসাইগ্রন্থ পুম্নমকপু শ্রবণ তৌরিপা থাঞ্জি থানিন একাদশিনচিংবা নিত্তি হাংতনা জয়দেব নামপালাবু মহাসংকীর্ত্তন তৌপা শ্রীযু: স্বাথ্যা যুবরাজপু শ্রীব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পাত্রমন্ত্রী প্রজা পুম্নমনা নিংথে ওইপা লৈং কমপাল হাংকত্তে হায়চত্তুনা শ্রীমণিপুর পুরন্দর শ্রীনরসিংহ মহারাজনা চহী ৫১ শুবা কাইরেন ১৯নি শকোনসেনকী অনুক যুথক্তা নিংথৌ ওইরএ। অতু ভুমিংতা শ্রীগোবিন্দজী শ্রীজগন্নাথ শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র ওমা লাইশঙ ১দা লৈনরএ। ওমা লাইশঙ মমাংতা ঈ তাইরএ। ২৩নি লংমাইচিংতা কাইরেনকী সংক্রান্তি হৌএ। ২৭নি শকোনসেনতা মুহারাইএ। পোৎশংবা শংলা মৈতুং চাকএ। লমতা থাত্তি নিংথৌকাপমা হনএ। শংলাংমৈনুং হৌএ। ৩নি শগোলসেন মুহারাইএ, শংলাংমৈনুং শঙকাইএ। ১০নি যুমশকৈশতা মুহারাইএ ১৬নি লৈপাকপোকপতা লমতাকী সংক্রান্তি হৌএ শজিবু থাতি যু শকৈশনা হনএ। ২৪নি শকোনসেনতা বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। পুরোহিতনগা পত্রসিংকী কুম শক ১৭৬৬। ২৫নি ঈরাইতা শচিযোইকী পাংলোক ওইএ[1]। কালেন থাত্তি শকোনসেনমা হনএ। অতু পুনিতা যুমচাও নোংছুমশং মোংপাশং ওমা হৌএ। শঙকাই যুমফম লম ও বাংপন্নুং তে থৈএ। মপা ইবুংঙো মহারাজদা মচা ইবুংঙো ভুবোমসিং বাংথৈরাকপনা হক্তত্তুনা থাঙ্গা মোইবাং-থেমবু পানা থোকহল্লে। ২নি ঈরাইতা শ্রীহরি মন্দির মমা শঙকাইরেমচিংবা শঙ ১১ হৌএ। ৬নি যুমশকৈশতা শ্রীকামধেনুকী শঙনচিংপা শঙ ১৫ হৌএ। ১১নি নিংথৌকাপতা কাবোং হৌএ। ১৬নি ঈরাইতা মমাক ইপুংঙোপু[2] অঙোম নিংথৌ ওইহনএ। ১৯নি নিংথৌকাপতা শ্রীপঞ্চযুক্ত জয়মান চৈতন্যসিং নরসিংহ মহারাজনা লাংথবান্দগী মমা কোনুংলেন্দা হোংথংলকএ। ২০নি লৈপাকপোকপতা তাথোক ২ লোংপা কংলৈএ। ২১নি যুমশকৈশতা

১। শকাব্দ ১৭৬৬ বৈশাখ তারিখ ১ (তা° ১২।৪।১৮৪৪ ইং)

২। অঙোপাবা লোকলেন থোবা।

চৈরাপ হোৌএ। ২২নি শকোনসেম্বা শ্রীগোবিন্দকী মাঙোপ হোৌএ। ২৩নি ঈরাইতা অবেকপা হাচারি শাইখুপাগী মাঙ্গী লোয়শঙনা থাঙনা য়াম্বুনা শিএ। ২৬নি নিংথৌকাপতা কালেনকী সংক্রান্তি হোৌএ। অতু মুমিত্তা শ্রীগোবিন্দজী অঙ্গসেপা তৌএ। ইত্তা থাক্তি থাওসনা হনএ। ৩নি নিং-থৌকাপতা শ্রীযুৎ স্না য়াথং লাইরেনলাকপগী চারুবরাসি পানচি শগুলাকপতা চফী ৬ গুনা থুনওাক লানশি নংলপগী চৈথারোল তংলপগী লেংচিনলো হায়থোকএ। নাওবেমচা নাবাযোনি স্থিচংচা বুধিচা নাওবেমচা দেবাসিং নাওবেমচা ভুবানন্দ থাচমচা শ্যামপুর্ণ ৬মানা থবতুনা লাইরিক অসি ইপাক্তি থাচমচা শ্যামপুর্ণনা ইএ। ৬নি শকোনসেম্বা চিংকাংগম থোংনাং মশা ১ তেকএ। ৭নি ঈরাইত্তা শ্রীনিত্যানন্দ অঙ্গ সেবা তৌএ। ১০নি নিংথৌ-কাপাত্তা এড্যাদেবগী শঙ তৌএ। মেগচিংস্তু তৌএ অতু মুমিং স্না হিবেন কচাইরোকপানচিংনা হিবেন ৪স্তুং চিংখলবএ ১১নি লৈপাকপোকপত্তা মৈপ পাইএ। ১২নি শকোনসেম্বা খোপ চনচিনএ। ১৭নি লংমাইচিংদা উংরা মাঙতকী নোংশা ২মা শাপা তৌএ ২৫নি নিংথৌকাপত্তা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌএ। শ্রীচৈতন্য নিতাইস্তুং তৌএ ২৮নি শকোনসেম্বা কড়ার্কী সংক্রান্তি তৌএ। ইত্তেন থা ৩ নিংথৌকাপনা হনএ। থাশি নোং নোংমাইজিংদা মথুংগী পাখংবা থোকএ। ইত্তেম্বা নিংথৌকাবনা হল্লে। নিনি লৈপাকপোকপদস্তুং থোকএ। ৫নি ঈরাইত্তা থোঙলন তৌএ। অতু মুমিত্তা ফুশিং ৪নি থোকএ। ১২নি শকোনসেম্বা চিংনাং খোংনাং মথোংতা মহারাজনা কৈ ১ ফাবএ। ২০নি ঈরাইতা ইবেংপা শিংস্তু হনবা পূর্বসিংনাচিংনা লৈমতাকতা সিংহাসন য়ানপা চৎএ। ঠাকুর গোবিন্দ অধিকারিস্তুং চৎএ। শমপানতুরামচা পানচিস্তুং পুংকম চনপা চৎএ। কমপানস্তুং অতু মুমিংতা হোৌএ। থাশি নোং নিংথৌকাপাতা শেকতানা কৈ ১ ফাবকএ। থবান থাক্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৯নি যুমশকৈশতা[১] উংত্রা মমাঙগী নোংশাগী শ্রীপঙ্কযুক্ত মহারাজনা শ্রীগোবিন্দজীতা কৎএ। শা মমাঙতকী থোঙলেন য়োমা কেলি থাইএ। ২৭নি লংমাইচিংতা কমপান থাংগোন হোৌএ। থাশি নোং যুমশকৈশদা থবানকী সংক্রান্তি হোৌএ। লাংবন থাক্তি শকোনসেম্বা হনএ। ৫নি লংমাইচিংতা মতম কুইনা ফুল্লমলপা ক্যাং ইংথোল তুবেন মখিন কাংপা হোৌএ। তোপ ওলক থাইএ। অতু মুমিং কমপান থাঙ

১। তাং ২৪। ৭। ১৮৪৪ ইং (শ্রাবণ তারিখ ১০)

শাবা হৌএ। ১০নি ঈবাইতা মহাবলিকী উচাও ১ তেফএ। পাওতা হিতেন লৈনাপাতাম্‌গ লাইনা খোংএ। ১৫নি যুমশকৈশতা তুরেন চেনপা হৌএ। লাংবম থাতি ঈবাইনা হুনএ। নি খৌকিম্বং হৌএ শিনম্বং হৌএ, শঙস্নং হৌএ। ২নি থাঙসতা লাংপনকী সংক্রান্তি হৌএ[1]। ৫নি লৈপাক-পোকপতা যুহাবাইএ। ১২নি নিংথৌকাপন্তা কোম্নং তুবেম্বা হাও ১ শিএ। ১৮নি ঈবাইতা কলা সিংহাসন নবছত্র ওমা হৌএ। ২২নি ঈবাইতা মহারাজ খোম্নিতোম্বা তুবেন বিংপা যেবা লেংএ। মের থাতি থাঙসনা হুনএ। ২নি নিংথৌকাপতা মহাবলিকী উচাও ১ ভেনএ। ৩নি লৈবাক পোকপতা থাংচমচা অমা পুরেন নন্দিবু এমা নিংথৌকী ঈনে হায়না পানা হমন্তিন লৈকাই লানমি শোকনীএ। ৫নি যুমশকৈশতা নরানী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি যুমশকৈশতা এনাক ইপুংগো অতৌপামনা লোকচেন খোমপা যমপান কাইএ। হিয়াঙ্গ থাও নিংথৌবন্না হুনএ। ৬নি ঈবাইত, হিয়াংকৈকী সংক্রান্তি হোএ। ৮নি লংমাইচিংতা যুহাবাইএ। শ্রীযুৎ মহারাজ ভপাবযুম বুমএ। ১১নি যুমশকৈশতা চাংবেন মৈরেম্বা শ্রীমতী মহা রাণীকা হাওপমতা যাংই ইমপা বুমএ। ১২নি শাকেম্নম্বা লৈশাংথেম লাইবেম্মা বুমএ। অতু মুনিংতা লাংপ নংকপলপু শ্রীযুৎ মহারাজ মনা যাথং ইপুখো খাগেম্বাগী মচা ম্বাঙল খংচোমপকী ঈনে হায়না লৌখত্না যুমচাও নাওতা ওইহনএ। ১৩নি ঈবাইতত[2] লাইবেন মৈতেংঙু শ্রীযুৎ মহারাজ লৈরেন নোংলেন সেনগ নবিকখোম্বাকা মৈতৈবমা থবোইবোন ওপন চন্দ্র শ্রীনিকলাইগোকপিগা নোংডান পুং ৬ তাবা ৭বা মনুংতা অভিষেক তৌএ। মুনিং যুংপা মতুং ৭ তাবা ৮কী এম্নুংদা যমপান তোংএ। মমাঙদা তৌরমত্রবা চকমা বিপাকী ঈ সেকমাইতোনবনা চপথং যানএ। ১৫নি লংমাইচিংতা থা শানা যংএ। ১৭নি লৈপাকপোকপতা মৈতৈবমা লিক-লাইরোকপীনা মা কৈখেম্বা শেন চাইএ। ১১নি লংমাইচিংতা থাংজমচা নঙ্গি মেঙ্গবনা শিকোংতকী যমপান কৈ ১ কারকএ। পোয়ম্নু থাতি লৈ-পাকপোকপনা হুনএ। ৫নি থাঙসতা পোয়মুকী সংক্রান্তি হৌএ। ৬নি লংমাইচিতা শন কাইপোক বংলৈএ। ১০নি শকোনসেম্বা শ্রীমনাও ইপুংঙো যুবরাজনা অবাং লমতা ভিংশোং হাও যমপান লান মাপা চংএ। ১৩নি লংমাইচিংতা পোইনৌ খোংচিনতাগী কৈ ৩ কারকএ। কৈ ইমৈএ।

১। ১ আশ্বিন ২। তাং ২২। ১১। ১৮৪৪

লোইতামচা মেঙ্গোবনা কৈয়াং থেকএ। ১৭নি শকোননেস্তা মীয়েবাকী ব্রজবাসী ৩ চংখিএ। ১৯নি থাঙসতা শ্রীমনাও ইপুঙ্গো, যুবরাজ কমপান লান নাকপা থুংলৈএ। শকোনমাং থানাগী হাওরোংপা সুপিতাবদা অরাম্বা জমাদার লাইঙমপা, শাংপা অওনদার মরৈপা সোইয়া অমংদার চন্দ্রসিং শবোথাইপা শোইয়া আরামপাশিনা কাবকপা লামতি লুকমপা, মাইশিংকো, ঙোইশি, অ্যকেং, শাকৈনা পুংশিন, য়ুমহন, লান ৭মা কারকএ। মুংকোই-পীতা লাম্লু চনএ ৭মা মথুন্দা থাগৎপিখিএ। লান কাবকপা ৭মাতা সুপিতাব জমান্দার ২মাতা থামেন চপ্পা, ফুরিৎ খিয়ান নামা লৌ ১।১ শিকাই ৫তা লৈখাম ১।১ লৌ ১।১ পীএ। ২০নি নিংথৌকাপতা টিতোন সাহেব[1] শিএ। তোপ ৪৪ খুদোং ৩০বক কাপএ। অতু মুমিংতা থবানপিচক মমৈ পানপা থোকএ। ২১নি লৈপাকপোকপতা ইবুংশি কৈন্দা শঙলাকপা খেবো লাংঙথেন্দা থাইএ। রাকচিং থাতি শকোনসেন্না হনএ। ৫নি নিংথৌকাপতা রাকচিংকী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি শকোনসেন্তা থৌনাঙচমচা মরৈপা এলাংপমচা মুবারি খিযামচা অপুং অতোন সুপিতাব ওমানা তুযাই কাম্নোংতকী বাংশেন নিংথৌপানপা থুনকং ৭ থোমলকপা থুংলৈএ। মৈঙেংগু, লৈবেন মোংলেন থোম্বানা উত্রাদা কমতুনা কম কাইএ। শ্রীযুং মা য়াথং চৈতন্যনিত্যাইতা কংতুনা কামুতা চৈতন্যপুর হায়না সুপিতাব ওমাপু থুনশেমহনএ। লৈপাকী কৌকপ চাহন্নে। ১৪নি য়ুম-শকৈশতা চোথেপুং এপুং, ভুখুপ লমতাং শাগৈ ৪মামা ননাই ঐথোয় মা য়াথং তুংইন্না তুবেন মপান্তা থুনতাজগে হায়চৈএ। মা য়াথং কয়ে হায়না যোং, থাঙ, ফিরোন, থুম পীনখিএ। থানিন শকোমসেন্তা অবাং কৈথেন শেঙ্গা হৌএ। ১৭নি থাঙজা জিবিদা উ চিংমনবা শামু অনী পুশিনখি। থাশি নোং শগোলসেন্দা চাংশেন নিংথৌ কাবকপা থুংলৈএ। কাইবেন থাতি ঈয়াইনা হনএ। ৩নি লংমাইচিংতা থামনকী য়ুম চাকপতা বামন মচা অঙাং ১ মৈমা চাকএ। অতু মুমিংতা কোম্বুংতো শটি ১ কায়এ। ৫নি লৈপাক-পোকপতা কাইরেনকী সংক্রান্তি হৌএ। ৬নি য়ুমশকৈশতা অবাংহাও

---

১। মণিপুরদা লৈরবা বৃটিশকী অহানবা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরবা কাপ্তান জর্জ গোর্ডন। লাংথবান্দা লৈবা মাগী মংবা ইদি—**In memory of Captain George Gordon, the first Political Agent in Manipur, who died and was buried here in 1844.**

হুইমিংনা পুখনপা সিফাই ১ হাংএ। অতু মুমিংতা চিংথৈতা শঙাইশেন পাইএ। ১৩নি যুমশকৈশতা অরাংহাও, লাইশম, তোরা, চারাই, শোমজন, ফাতাং, খুনথক, তোইনেম, কচাই ওকথুন, হুইনিং, হুন্দুং চোইথর, হৈচুম, মুংশোং খুনকোই- শনথক কাসাম খমলাং, নমপুই শোকপাও, চাপং হৈমি, লাইথি কাশোং শাকোকলং, খামপিং মৈরিং তুসোম চোমপি, হংকো ঙাপ্রম, মুংমন মুঙৌ, কৈজোম তোনঙৌ, শৌলাপুং খুনগং ৩২মা অসি খৈবিক থোমতুনা ১৩নি শকোনসেঙ্গা কিযাং ইংথোন তুরেন মনিল তৌহনএ। মসা কৈথেলসু থোম্লে, শঙ শেমহৌএ। ১৬নি লংমাইচিংতা চাংশেন নিং-থৌমাচিংমা হাওবী নিংথৌ ৭মানা হাও ৪২ লোযননা শস্তং. হামেং, শেনপুং, পুথম, কিপোং অসি খৈবিক পুনজুনা শ্রীযুৎ মহারাজতা লোই হাবৈএ। ১৭মি নিংথৌকাপতা শংলেন ৮মা নিংথৌশেনপা লৈমাশেনবা লোইশঙ ২মা ১৮নি লৈপাকপোকপদা ফি শাবা লোইশঙ মৈ চাকএ। নিংথৌ ফি ৩ চাকএ। নোংমৈ ৮সুং চাকএ। ২৫নি নিংথৌকাপতা মেগজিং শঙকাইএ। জোপ লোইশঙ ২নাসুং হৌএ। ২৯নি ঈরাইতা কোমুংতা শচি ১ যাওএ। লমতা থাত্তি লংমাইচিংনা হুনএ। ৫নি শকোনসেঙ্গা লমতাবী সংক্রান্তি হৌএ। ৯নি নিংথৌকাপতা শ্রীযুবরাজনা বাইবি কোমচিনতা শাতানবদা কৈ ১ ফাবকএ। শামু যাম্না ফাবকএ। শগাল ১ মৈনা চাবতুনা শিএ। ১৬নি নিংথৌকাপতা লাংকোন্তবী কৈ ১ ফাবকএ। অতু মুমিত্তা শ্রীযুৎ মহারাজনা মীবৈবাকী পাবনিযা চৌধুরিতা মাপুঙ ঙাংকোই ১ মালা ৫ মসা খুংচি পু ১ লৈচঙ থুতি, ইরফি, খামেন চপ্পা যুরিং, পশোং কৈচোম ১, শকোন ২ ইবোই ২০ পে নাবেকপা ১ মমাঙতা শ্রীযুৎ মহারাজপু মসা থোগন ফংজখিবা মবমতকী পীনখিএ। ২২নি লংমাইজিংদা মমাঙতা চংলম্বা বিশোইরৌ যুম তবাপা কৈক্লংপা পোংশংপা পিশোই অসি খৈদিকপু শ্রীযুৎ মসা য়াথং শ্রীমনাও ইপুংঙো যুবরাজনচিংনা চৈবাকী অঙমপা পুম্নমাতা হাযথোক্কুনা পানচিসু পিসোই চঙহনএ। মসা উপু পায়হনএ। অতু মুমিত্তা খামন থোক্লকী শনাও মচা কিপাত্তা শিএ হাযতুনা প্রায়শ্চিৎ তৌএ। ২৩নি নিংথৌকাপতা অকোইচানপাকী মতু নাউরেম নিংগোম্বা লৈরোই হায়তুনা থৌমি য়ানতুনা শিএ। অতু মুমিংতা পুথেম খাপাকা শামা মরৈরোমপকা পীপা মুমপপু খাপানা চুমএ হাযতুনা হাথৈএ। ২৪নি লৈ-পাকপোকপতা মৈতৈখুম, শমজিংখুম, খোনলাং খুনকং ওমানা শামু মম্না ২

চুং ১ তা ১ কৎলৈএ। ২৫নি যুমশকৈশতা ইপুংশিচা প্রম্বশী মচানা থাপৈশোইতা শা কাপ্পতা মথমকী নোংমৈনা শিএ। অতু থুমিৎ অহনথেমকী য়ুম ১ খুম্রোকপমকী য়ুম ১ নোংমৈ শীংজং তাতুনা চাকএ। ২৮নি ঈরাইতা শগুলেন ৮মাতা মহারাজনা হোলিকা লোযনহুনা শগুকাইএ। শচিকোই থাত্তি নিংথৌকাপনা হনএ। অতু য়ুমিৎতা ইরোই অঙোপীনা মচা মরাইপক তাংপা পোকপা ১ কৎলৈএ। ৪নি ঈবাইতা বিষু সংক্রান্তি ওইএ। অসেপা মুহনসিংকী কুম শক ১৭৬৭। ৮নি লৈপাকপোকপতা কাইরং ইংথোন বাংখৈকী শগুকোইতা নোংমৈ শীংজং তাতুনা মৈ চাকএ। লৌপুক্ষ্ম ১ তাইএ। ১১নি ঈরাইতা য়ুমচাওকী ডায়েনতা শারেনা ওনপা কুম ওলক খুতম তৌএ। সৌচা মনম নমএ। নোংমত্তি মৈরানা তৌপক্কুম ডানএ। ১২নি থাঙসতা বব সাহেপনা থেপা ২ কৎলকএ। অতু য়ুমিৎতা মাইপা শঙ ৩মা লাইয়িংথৌ হনপা শঙ ৪মা হৌএ। ১৩নি লংমাইচিংতা অকোইচামপা চন্নাম্বাব, ককচীং সেনাপত্তি নিমাইরাম ২মানা কালে নিংথৌবী হাও উংংলে জশিনলাম খুন ২মা থোমলকপা হাও ৭৫ শম্ভং ৬কা য়াওনা থোমত্তুনা শ্রীযুৎ মহারাজদা কৎলৈএ। ১৬নি ঈঘাইদা ক্যামকৈতকী চৌন তুরেল নমখাইবকপা লম ৭ শুইএ। অতু য়ুমিত্তা থোমপীতোক্তা ইবোই অঙৌবা ১ যেনহিং থাতুনা থিংলেন অমরক থিংহৌএ। ২২নি নিংথৌকাপতা শামুবৌতাকী কৈ ১ যারকএ। ২৮নি লংমাইজিংতা কাশিতকী বামোন ২মা অবারমতবী থোকলকএ। ময়াংলমদা চঙথিএ। থাশি ৫০াং লৈপাকপোকপতা লাইবেনলাকপা পানচিপু পানচি শগুলাকপা হাপএ। সনা যাথং পাউনমচা পণ্ডিত, লাইবেল্লাকপা পাজি শগুলাকপা ২মাবু লৈপাক চেংনা ভাকও হাযনা সনরিক পীএ। কালেন থাত্তি য়ুমশকৈশনা হনএ[১]। ৬নি মিংথৌকাপতা কালেনকী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি য়ুমশকৈশতা লাইযিংথৌ পুথিপাকী পুত্রী কংলে হায়তুনা ঈরাংএ। থানিন যুমশকৈশতা থা শানা কংএ[২]। অতু য়ুমিৎতা মতম ঙুইনা তৌথিতমপা জলযাত্রাবু শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা তৌপ গুয়া কুণ্ড পুত্রী ১ তৌদুনা জলকেলি তৌপা হৌএ। ইঙা থাত্তি ঈবাইনা হনএ। ৭নি শকোনসেম্তা ইঙাকী

১। তাং। ৭। ৫। ১৮৪৫ ইং। ২। তাং। ২১। ৫। ১৮৪৫ ইং, ৯জ্যৈষ্ঠ বুধবার পূর্ণিমা, চন্দ্রগ্রহণ ঘাজি ৪। ১ গতে স্পর্শ ১৩। ১০ গতে মোক্ষ—পুরাতন পঞ্জিকা লামায় ৪৩।

সংক্রান্তি হৌএ। অতু মুমিত্তা ইবুংশিচা উরং পুরেনকী মচানা য়াইরিপোক্তা কৈরোইত্তা লমমন শেন থাইপা চৎপত্তা নিংথৌ শেমকে তৌএ হায়তুনা ফাথৎলকএ। কৈরোইলাকপা খুজা অহন পুম্নমা থাকোংএ। ১৫নি শকোনসেন্না[1] জলকেলি শানপা লোম্নএ। ২০নি লৈপাকপোকপত্তা কাম্নু হাওনা শামু ময়া ২ কৎলৈএ। ২২নি শকোনসেন্না নিংথৌ থাথল কপানা মীওই অম্নমপনা মিংথৌ শেমপা মতীক ওইত্তে হায়তুনা থাদোকপিখিএ। অতু মুমিংত্তা খুইরমপন থোং তেক্তুনা হাও ১ শিএ। ইঙেল থাত্তি থাঙসনা হনএ। ১০নি নিংথৌকাপত্তা ইঙেনকী সংক্রান্তি হৌএ[2]। ১৮নি লৈপাকপোকপত্তা মুহারাইএ। ২২নি ঈরাইদম্নুং থাইএ। ২৪নি লংমাইচিংত্তা নৈপি পাইএ। কারোংত্তা মপুথৌ ইপুংঙো পাখংপানা মচু ঙৌনা থোকএ। ২৯নি থাঙসত্তা নোংমৈ খুন চুখিএ। থাশি লংমাইচিংত্তা শঙ্গাই ওমাং মৈরম পাংপত্তা থৌতামগী চন্দ্রসিংহনা হংকোক খুত্থপ ৩ শাংবা ১ চঙনা ফায়এ। থরান থাত্তি নিংথৌকাপনা হনএ। ৩নি মুমশকৈশত্তা মুহারাইএ হংকোক ১মুং চমপ্রাপোন্তা ফায়এ। থৌ তৌতুনা ২মা থাথোকখিএ। ৬নি থাঙসত্তা লৈশাংথেম লাইরেম্মা চুখিএ। ১৪নি থাঙসত্তা থরানকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি লংমাইচিংত্তা বাহেংবমগী লাই যুমজাও লৈমাকী লাইপোং চুখিএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা খোইম্নাম লাইরেম্ম পেঙংবাকী লাইপোং মাইম্নাম লাইরেম্মকীসুং চুখিএ। ২৫নি মুমশকৈশত্তা মুহারাইএ। লাংপন থাত্তি লৈপাকপোকপনা হনএ। ১৬নি লৈপাকপোকপত্তা লাংপমকী সংক্রান্তি হৌএ। অতু মুমিংত্তা মথা থংবা থাঙ্গাগাংত্তা লাইরেন ১ ফায়এ। ২০নি থাঙসত্তা শ্রীঠাকুর হনজপা মনিনচিংনা বাথোন অয়াম্বনা শ্রীযুৎ মহারাজদা ননাই ঐথোয়মা লান্নে হায়বদা শ্রীযুৎ মহারাজনা ঠাকুর অয়াম্বনা লান্নে হাযরবদি নঙ্গী নঙ্গী পুক্নীং মতুংইন্না চৎও হায়না লৌখৎএ। ২৭নি লংমাইচিংত্তা শজিক ফানপানা থারমপন মুকচিংকী থা থংপত্তা নোংমৈ ৫ থঙলকএ। লৈশাংথোংত্তাকিত্ত কৈ ১ ফারকএ। অতু মুমিংত্তা কৈথেন ওন্না কুমও হায়না শামু তোংনা পাও চেনএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না হনএ। ১৫নি মুমশকৈশত্তা মেরাকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭মি ঈরাইত্তা ময়াং মতু মরা শিমিন্নকে হায়না মরানা মতুপু হাংএ। মরানা মথম্না থাওনা

১। স্নান যাত্রা।

২। তাং ১৪। ৭। ১৮৪৫ ইং কাংলেন, ৩১ আষাঢ়।

য়ানচাপাপু শিপা ভমতবে হায়বা পুথৎলকএ। ২৩নি শকোনসেন্তা অহোইপা মোইরাং নিংথৌতাকী থায়নপী মোইরাং নিংথৌকী ছিদাককুমি হায়বা লৌথৎএ। পোং অডু থবলমপা মযাংপু মোইরাং ওইহমপাপু শাকৈ অয়ামপনা ঐথোযম্ভু মোইরাং ওইকে হায়ডুনা হংকৎচপপু ওইহৌরোই হায়না শক্তিক কানহনএ। হিন্নাক্টে থাক্তি ঈপাইনা হনএ। শরাংথেম লাইরেম্মা মিতমএ। মযাং মতু শিবপী নগর কির্তৈমস্থং শকএ। ১৩নি বুমশকৈশতা থাথোং মচিন থাঙকম পাংঙা কাম্নিনমন শাপ্লএ। মহাবাপীনা পোকপা স্না কাম সিংহনা কৃষ্ণ শাইএ। ঙুমিদাং সন্ধ্যানা গৌরাণী রাকমপিকী যুম চাকপাতা স্না কাম সিং হ পোকএ। ১৪নি শকোনসেন্তা স্না কাম সিং শিএ। মংনাও তাদা পোংলোইএ। অডু ঙুমিংতা চন্দ্রগ্রহণ তৌএ। ১৫নি ঈবাইতা হিয়াঙ্গপী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি লংবাইচিংপা নোংমৈ ৬ লোংপা ১ মিংশেল থুডুপ ৩ পাকপা ১ লোইতাংপা, লাইতোনচামপা ২মানা শ্রীযুৎতা কৎলৈএ। পোথম্ভু থাক্তি লংমাইচি না হনএ। ৫নি যুমশকৈশদা যুহাবাইএ। ৮নি থাঙসতা পামোন অমিকাবিপী লাই হপা কংএ। খোংকাপম্ ১, থুমপোম ১, বাংখৈ রসমোন ১ মথোয় ৭ অমিনা লাই হুইএ হায়ডুনা কং থাংনা পুথৎলক্তুনা যোৎহিং চনএ। ১০নি নিংথৌকাবদা ঠাকুর তল্পথাবপী মচাকা গোবাইকা লুহোংএ। ১১নি যুমশকৈশতা কোংপাতাকী কৈ ১ বাযএ। ১৩নি শকোনসেন্তা খৌবানি খোইপীনা মচা ইপুংঙো পোকএ। অডু ঙুমিং চাংপাক রাংকোন স্না লিকক শাবা তেনজ্ঞপমপু লাংপোক-থাপম বলবানসিংনা স্না লিকক্ক শাখিএ। ১৫নি থাঙসতা পোথম্ভকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি লৈপাকপোকপতা ভুবেল ১রক তোংহৌএ। ২২নি লংমাইচিংতা শ্রীখৌবানি লংমাইথেনপীনা মচা ইপুংঙো পোকএ। ২৫নি যুমশকৈশতা লাইনা নোংমৈ থাইএ। ২৭নি ঈবাইতা রাহেংপমচা ১না মযাংলমকী লানপাও পুবক্তুনা তোপ ৫৫ক থাডুনা লৈপাক পুম্বা ভিনএ। ৮নি নিংথৌকাপতা লান হনচিনখিবে হায়ডুনা লৈপাক থাদোকলে। ৯নি লৈপাকপোকপতা মংসোতাবম কৈকংবনা ইবুংশি কানসিংপী অস্থি পুশিনখিএ। মাতুম চৌংতকী হাও শম হপা ২মু কায়কএ। ১তি মথোং কক্তুনা থাথোকএ। বাকচিং থাক্তি নিংথৌকাবনা হনএ। ১০নি যুমশকৈশতা কিরিংকী লময়ানবা চঙখিএ। ১২নি ঈবাইতা শ্রীইপুংশিজ মন্ত্রীনচিংনা লাংথপানকী যুবা শিথোকএ। অদু ঙুমিত্তা শ্রীমমাক ইপুংগু মাইপায়ামচা

চেগেম্বা শিচা মহানা ভক্ত ঈরানপা চংএ। পাওনা পণ্ডিতমুং মাওএ। হুইদ্রোমপা কীর্ত্তিসিং সনখা ২মা ময়াংতা শন পুশিনএ হাব্রতুনা যোংহিং চনএ। ১৪নি লংমাইচিংতা ফিরিংবি মতু মচা মাওনা অরা চঙখিএ। ১৫নি নিংথৌকাপতা খাকচিংকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি যুমশকৈশদা শ্রীগোবিন্দজী থাংপোক কুমএ। ১৮নি শকোনসেন্তা সবাংথেম লাইরেম্মা শাপা লোইএ। ১৯নি ঈরাইরা ঈরানবা থুংলেএ। অতু য়ুম্মিংতা লৈপাক পুম্নমকী ইকোইনা লাংথাংলদী চেক হোনএ। শ্রীযুৎ চৌংলেন নোংত্রেন খোম্বা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দজীদা হুনা কংকে হাযপা শাবা ভমতরপাগু শ্রীচৈতন্যচিত সিংহ মহারাজকী মপা পুকনীংদা শ্রীগোবিন্দনা থৌচান্নতুনা ঐনা শাহ্না য়াম্বু মহারাজকানে হায়না ঐনা কথকে হাযতুনা শ্রীপানচি শঙলাকপগু হুমিং অথুপা থনও হাত্ববদা ১৯নি ঈবাইবী নোংঙাল্লমতাই বুথক মতুং পুং ৬ ভাখিপা ৭কী মমুং ঈশিংকী পুংতা কৈএ হায়না হংগৎ-চৈএ। পুংকম অহুতা হুবা হৌএ। নোং মংদনা ঈশিং তাইএ। তুবেন ঈশিংমু থোইএ। শ্রীথামান্নি গুরুনন্দন শ্রীব্যবস্থাকারী ঠাকুরশিং অয়ামপা পুথ্রন নোমখোন শঙলাকপা কৈকং পাত্র মন্ত্রী সুবিদার জমাদার মপা কৈথেল ভৌরিপা পুম্নমানা গোবিন্দকী সেবাগে হায়না মপা যাথং নংঙনা চোক হোনএ। ২০নি শকোনসেন্তা ময়াংলম হুতুনা ইরোই পুচিনখিবা ইরোই ২৫ ফারকএ। ২৭নি থাঙসতা শঙকাই পুনশিনকী মমাঙগী পুথৌদা শ্রীকৃষ্ণ মহারাজ মাওনা ভাখিএ। পানচি শঙলাকপা মপা মাথং হুন্দক থোনপা অসি তা কয়া লকপা হংএ। ১৪ লকনি হংগংচৈএ। শোইতনা লকএ ২৯নি নিংথৌকাপতা যুবাবাইএ। অতু য়ুমিংতা লৈমাংপাকপা খনি শাবগু মনাইনা থাঙনা খিনএ। মনাইদি যোংহিং চনএ। কাইরেন থাতি যুম-শকৈশনা হনএ। ৭নি নিংথৌকাপতা কোংপাতাকী কৈ ১ ফাবকএ। ১০নি যুমশকৈশতা কাইরেনকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি লংমাইচিংতা ময়াংনিংথৌ মচাকীতমক বরকান্তাস্থি অঙমপানা ফরাংচি ২ তেরানকিথি ২ শান ২ যুবী ১০ পুতুনা মৌ হায়বৈএ। ২০নি নিংথৌকাপতা থৌরানি থোকচাওকী চাপোক বাংকোন হৌএ। ২৬নি লংমাইচিংতা বৈথোপতা মকু চংএ। ২৭নি নিংথৌকাপতা থৌরানি লংমাইথেমপীনা মচা ইপুংতো পোকএ। থাসি যুমশকৈশতা লাংকোন লংমাইজিং ২নাতা লেন মামা তাইএ। জমতা থাতি শকোনশেম্মা হনএ। ৭নি যুমশকৈশতা কোম্বুংতা এক ১ চঙএ।

অতু মুমিংতা লৈকাই ১মুং মওদারুহুনা শিএ। ১০নি থাঙসতা কুবা লাইযুম শঙকাইএ। ১২নি নিংথৌকাপতা লানশোনপিকী উ ১ তেকএ। ১৫নি ঈরাইতা লমতাকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি নিংথৌকাপতা কৈথেল মুৎএ। ২৩নি ঈরাইতা কোনশপা মেঙোরনা লমপুই, শেকপাওরম তুরেল পানলোইনবা হাও থৌপা চংএ। ইরোইপা মেঙোরনা চাবাই লাইশন লমদা হাও থৌপা চংএ। ১৭নি থাঙসতা মযাং লাইপার নরকাস্রাবি চঙখিএ। ২৭নি লৈপাকপোকপতা শঙাই অচঙবা ১ পীখিএ। ২৯নি শকোনসেন্তা লৈপাক পুম্নমক্কী শন য়োনচপন্সুং লৈজরুপন্সুং চৈরাপ তাক্কে হাযতুনা লৈকাইগী পীএ। শজিবু থাংতি থাঙসনা হনএ। অতু মুমিংতা লৈপাক পুম্নমা মুংঙাইনবা শ্রীযুৎ মহারাজনা যজ্ঞ তৌএ। ২নি নিংথৌ-কাবতা শন যোনবা লৈকাইতকী থাথোকএ। ৮নি থাঙসতা থৌপান ইবোংতক্ত ৫০ছল ১না কৈ ১ কাবকএ। ১০নি নিংথৌবাপতা মেজর ২মানা থৌরুপা হুংএনা পাএনম হিতেনতকী শঙেঙোং কাঙনা তুরেল থোংপান পানলোইবা হৌএ। ১৩নি শগোনসেন্দা মুংথিন্দা নোংশিং যান্না শিংতুনা চৈবাক চনথোকএ। ১৫নি থাঙসতা বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। অতু মুমিংতা কংলা কমতেংএ। ককচীং কলসিংবী কুম শক ১৭৬৮। ১৬নি লংমাইজিংদা শচিফোইকী ৮পোক ওইএ। ১৭নি নিংথৌবাপতা গোযাই ২ চঙখিএ। ১৯নি যুমশকৈশতা শ্রীগোসাই ৩ থুংলৈএ। অতু মুমিংতা শ্রীরামচন্দ্র-প্রভুকী নহুম্ব বাথোবএ: ২৮নি শকোনসেন্তা শকোন মংকে শিএ। কালেন থাংতি লংমাইচিংনা হনএ। অতু মুমিংতা কংলা হাইপুং তিংএ। ৪নি যুমশকৈশতা সুখাসচা ১না হিচাংশঙলেন অহোংশাংপাপু যৈএ হাযতুনা য়োংহিং চনএ। ৫নি শকোনসেন্তা[1] থৌরানি থোকচাওনা মক্তা ইবুংঙো ২ ফাইপোক পোকএ। ১৪নি লংমাইচিংতা অখুই হাও লুথোইনা শ্রীযুৎ মহারাজদা শেনপুং ১ ফরাংচি ১ কংলৈএ। ১৫নি নিংথৌকাপতা মহাবলিকী উ ১ তেকএ। ১৭নি যুমশকৈশতা কালেনকী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি থাঙসতা বাইকোকী লাইপুংপু অরামপা লাইফম লাকপনা পানাকী পুং ওইকে পুখংলকপপু লাইরেম্মকী পুংনে তৌহৈত্তে হায়তুনা হনথখিএ। ২৩নি নিংথৌকাপতা উত্রা মনাঙতা থোংনাংবট থাইএ। ২৫নি যুম-শকৈশতা ঠাকুর মহন্তকী যুবা অমনপা শেমহৌতুনা শ্রীযুৎ মহারাজ কুম্না

১। তাং ৩০।৪। ১৮৪৬ ইং

বাংখৈবাকপকী মনাইকা যৈনৈএ। ২০নি শগোনসেন্বা মতোম ইপুংশিজ মতনসিংকী মচাশিজ থাইদেম ৫ংবীনা পোকপী লৈমাপু ইবুংশি যুবরাজপী মশাই সনা সাপানা মতু ওইকে ফাকবব্ ঐদি লৈরোই হায়দুনা শিএ। ২২নি থাঙজদা নোংপোক নিংথৌকী লাইচুংতা মেনলৈ শাংএ। ২৩নি লংমাইচিংতা বাইথৌ তাংচংতা তাথবোইনাইনা চিংেন লাংযেন পাম্না থোকএ। মাইপা শঙ ওমানা পোনিকইএ। পানা ৪মানা মমুং থাংজম-পাংঙ্গুং শেমহৌএ। ২৫নি লৈপাকপোকপতা লাংপনকী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬নি যুমশকৈশতা বামন বাঘব মুম্বা ২মা হৈরোক্তকী লোই থাপা কৌথংপা থুংলৈএ। ২৮নি ঈবাহতা খিযা অভি শঙলেন লাকপানা চন্দ্রখোং হাও লোইচনপাপু লাল্লুপ থাইপা চংএ। মেরা থা নিংথৌকাপনা হুমএ। অতু থুমিংতা চন্দ্রখোংদগী কৈ ১ কাবকএ। ৪নি শগোনসেন্বা ইরোই ফাইপোক মহাবাহতা সংলৈএ। ৮নি নিংথৌকাপতা লৈথোপতা ঈ তাইএ। ২৬নি ঈবাহতা মেবাকী সংক্রান্তি হৌএ। অতু থুমং শ্রীমনাও ইপুংশু যুবরাজ-নচিনা কংগ্যাতোংদা শাম্মু ফাবা চংএ। থাশি নোং লৈপাকপোকপদা সূর্যগ্রহণ তৌগনি হয়পাপু মশক উতে। মযাং লৈপাবতদি মশক উইএ ফাযতুনা মঙ শাক্তাহ গংলএ। হিয়াংঙ্গ থাদি যুমশকৈশমা হুলে। মনাও ইপুংশু শাম্মু তান্নপ ফাগনা হল্লকপা থুংলএ। ৯নি যুমশকৈশতা অবাওকী ইপুংশুসিজ নেংডংনা নচাতা থোংজউপ পীনকএ হাংতুনা বংথোকএ। ১০নি শকোনসন্বা মনাও ইপুংশু যুবরাজনা শাম্মু ফাবা চংএ। চেনথিজে হাযতুনা ওন্না হুমএ। ১৮নি ঈবাহদা চন্দ্রখোংকী যুম শিবে হাযতুনা শনা মাথং পাওনা পণ্ডিত কুমতুনা থৌ তৌকইএ। ২৬নি থাঙসতা লাইখুবাম চিংচিনতা কৈ ৩ ফাবকএ। ২৭নি লংমাইচিংতা হিয়াংলৈকী সংক্রান্তি হৌএ। পোমহু থা শকোনসেন্না হুনএ। ৪নি লংমাইচিংতা বিযামচা অভি শঙলেন লাকপনা চন্দ্রখোং থুমখোং কোম হৌপা চংএ। ৫নি নিংথৌকাপতা শঙ্কাই পুনশিবা হৌএ। ৬নি লৈপাকপোকপতা নিংথেম ময়াংগুম্বগী মঙ শিএ। বাবগাইদগী কৈ ১সুং ফাবকএ। ৯নি ঈবাইতা নিংথৌখোংজা পোইলানা তাংখুল লোই পোপা চংএ। ১৭নি ঈবাইতা থাংজমচা নন্দি অয়া পুবেন মেনজোরনা অবাবম ফুমনোং হাও নাবা চংএ। ১৮নি থাঙসতা ফিরিংকি সাহেপ লম বানপা চংএ। ১৯নি নিংথৌকাপতা

বাজি রসিকদাস মহন্ত শিএ। ২২নি শকোনসেত্তা[1] শ্রীযুৎ মহারাজকী মমাশিজ অপোকশিকীদমক কবিমগঞ্জদা অমোমচা ইন্দ্রানন্দ, লাইতোনজমচা কৌর ২মানাচিংনা লৈকাই লাম্বী লোয়ননা কুরা শাপা চৎএ। অহীং অতুতা মুহারাইএ। ২৭নি লৈপাকপোকপতা পোয়মুকী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি মুমশকৈশতা মাইসামচা মেজোবনা খোংচাইখুন শেমপা চৎএ। থাশি নোং ঈরাইতা খৌবানি মাইব্যানা মচা ইপুংঙো পোকএ[2]। রাকচিং থা থাঙসমা হনএ। ৩নি নিংথৌকাপতা মনাও ইপুংঙো শ্রীযুবরাজনচিংনা খোমপীতোক থিংলেন থিংহৌএ। ৫নি মুমশকৈশতা শ্রীযুৎ মহারাজ মা মাথং মনাও ইপুংঙো যুবরাজতা হাযথোক্লুনা লাংপোক থাগমকী পিরা নাং। অহন খিনপাপু খুবাইতাপা জয়সিংহনা পিবানে হায়তুনা নিংথেম শাকৈভা রাখৈএ, পাচাতম্লুং রাখৈএ। মথং'তি পূর্ণসিংনে, ৯নি থাঙসতা ইপুংশিজ খেবতসিংহ কৈতা শঙলাকপা গংগা চঙপা শানএ। ১৫নি ঈরাইতা খোমশিতোক্তা কৈ ২ কাইএ। ১৬নি থাঙসতা শনি পূজা তৌএ। অতু মুমিং থাজদগী কৈ ১ ককচীংতকী কৈ ১ ২মা কারকএ। ২১নি শকোন-সেত্তা গোষাই নিত্যাইবংশ ২মা চঙখিএ। ময়াংতকী ফিনিংকি সাহেপ ১ খোরকএ। শ্রীমহারাজতা গার্ডী ১ কৎএ। ২৪নি নিংথৌকাপতা ইবুংশিজ যুবরাজ শামু তানপা কংদহুনা হুরকপা থুংলৈএ। ২৬নি মুমশকৈশতা রাকচিংকী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি ঈরাইতা মোইরাংথেমচা কৈরুংপানা শিকোংকী খোং অমুক তৌহৌএ। থাশি নোং লংমাইচিংতা থাংচনচা অয়াপুরেন মেজোর কুমনোং হাও নারুপা থুংলৈএ। হাওখুন ৫ লোই চল্লমএ। কাইবেম থাতি নিংথৌকাপনা ৯নি পানএ। ৫নি শকোনসেত্তা কোনসমচা মেজোর অরাংলম হাও লান চংএ। ১০নি লৈপাকপোকপতা চাংশেন হাও কমকাইএ। মাই ১ কংলৈএ। মহারাজনা রাংপরেত্তা নাইমুপী অত্তু কংএ। অতু মুমিং অরাংলমকী হাও ওইনম কুশাপানা ফি ১০ খোইরু মন ২ লোই হাবৈএ। ১৩নি ঈরাইতা অরাংহাও লমপুই—শোকপাও হোংতুন খুলেন, সুমতন, কাতাং অসিনচিংনা থুনকং ২০ না মথোং মমাঙতকী কৈথেন কাওনা লৈথোনএ। খৌবানি লাইত্রানা মজা ইপুংঙো ১ পোকএ। ২০নি ঈরাইতা মুখম রারোক্তা খৌথেম মচা উ য়ানপা ১ মপাও হাওনা মথা চিক্লুনা তানা থিরা শিএ। ২৪নি লৈপাকপোকপতা তোমা হাওনা

১। তাং। ১০। ১২। ১৮৪৬ ইং ২। তাং ১৮। ১২। ১৮৪৬ ইং

মহারাজ থুরুমলেএ। মুমিংতাবা য়াচঙ পুঙতা মুহা ২য়ক হাইএ। ২৭নি ঈরাইতা কাইরেনবী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি থাঙসতা[1] করিমগঞ্জদা শ্রীমমাশিজগী ফুরা শাকপা থুংলেএ। কোনসমচা মেজোরম্ হাও নাকপা থুংলেএ। ২৯নি লংমাইচিংতা ইরুংপমচা তানচৌ চাংগম নিংথৌ শিএ। লমদা থা লৈপাকপোকপনা হুনএ। ২নি যুমশকৈশতা ময়াংলমকী পাও শেনশাপানা হায়রতুনা যুমলেনপা হেমো নাপেং সাইত্তোন ঙমপা ২মানা কোনসাপা, মাইল্লাম মেজোর ২মা কৌকৈশংবা তেরান ওমাস্থং য়াওনা হায়তুনা চৈরাপ্তা য়ৈহুনা হংনপাপু য়াওরমতে য়ুমলেনপা নাপিং ২মাতি নিংথৌ শেমকে তৌএ হায়হুনা যিমলেনপদি পলেন্দা থাইএ। নাপেংতি লাংঙ-থেনতা থাইএ। ৯নি লৈপাকপোকপতা অত্তৌপাম্বা লোকলেনথোমপাস্থং মচাম্পী অমা পোকএ। ১০নি থাঙজগী অযুক নোংচানবা পুং ৩ তাবদা থাঙ চিনাইবা কংলেএ। অদু মুমিত্তা থৌরানি থোইপি, অচোইবী হাঙমপী, থোকচাও থৌরানি ৪মাগী মচা ৪মা নাস্থংএ। ইরুশং, লৈথোমশং, লাইমিংথৌ নোংশাবা পঙ ওমাপু হৌএ। ১১নি শগোনসেন্দা ইবুংশি যুবরাজ মতু থিংকোন চন্থনা মচানিপা ১ পোকএ। ১২নি ঈবাইদা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র পুজা তৌএ। ১৩নি থাঙজদা কোম্বুংদা মৈনী পাইএ। ১৯নি লংমাইজিংদা[2] নিংথেম মচা অমুবা অত্তৌবা কাংচৈ শাম্নেএ। অত্তৌবনা ঙমএ। ১৭নি যুমশকৈশদা নিংথেম মচা থৈপিকা লৈপাকা কাংচৈ শাম্নেএ। লৈপাক্লা ঙমএ। ২৪নি শগোনসেস্তা চিংপুত্তাকী হাও কোম কৈরাক্লা কৈ ১ ফাবকএ। ময়াংভাকী ললোনবা ১না মখি ফাইপতা মচিন্দা থাংপম্বাংচাক তোংএ হায়হুনা যায়এ। নিংথেমতা কংলেএ। ২৬নি থাঙসতা লমদাগী সংক্রান্তি ওই। শজিবু থা যুমশকৈশনা হনএ। ২নি শগোনসেস্তা থরানমিচাক্লা থাদা চঙএ। ৫নি লংমাইজিংদা ইরুংশং, লৈথোমশং ২মা শঙকাইএ। ৬নি নিংথৌকাপতা অকোইজামবা কুন্তিনা চিংপুদা লৈবা বাহেংবম মাইচৌদা হিগী লমন থোকবদা বাহেংবা মাইচৌগা মচা চাওবগা মীনাই ২গা মাখোই ৪মানা পুন্দুনা পুথ্রনবা থিংলেনগী ইশিংদা হুনথৈএ। ইবোইবা খুংহৈবা হুগুবগী মনাইনা হিনা কৌপুবা চংপদা উকইএ। শিরমদে। বা হুনবদা বাহেংবনা তৌএ, হায়এ। বাহেংবদি চন্দ্রখোংদা লোই থাইএ। মীনাই ২মাজি য়োংছিং চন্দুনা থমই। ৯নি শগোনসেন্দা থৌরানি অকোইগুনা

১। তাং ১৩।২।১৮৪৭ ইং ২। তাং ২৮।২।১৮৪৭ ইং

মচা শিজ পোকই। ১০নি ঈরাইদা বাযেনশঙ হোৌএ। ১১নি থাঙজদা লম্বোইবা মথুৎ নামা থাঙ্গৎপা ১ থোক্কএ। ১৫নি যুমশকৈশদা থা শানা কংএ। ১৭নি ঈবাইদা[১] শেন অপিশা চংনৈএ। অহু মুমিত্তা চোইথার হাওনা শাভাং মুশী শিংচনবু মতু ওইগে হাযবা য়াদত্নুনা তানা খিরে। কাবক্তুনা য়োংহিং চন্দুনা থম্মি। বাইকোবত্তগী কৈ ১ত্রু কাবকই। ১৭নি থাঙজদা কৈবাওদগী কৈ অমা যাযএ। বাযেনশঙন্ত্র শঙকাইএ। ১৯নি নিংথৌকাপত্তা কোছুংতা শঙাই ১ ফায়এ। ২০নি লৈপাকপোকপতা নিংথেম মচাশিংতা কাবা মীবু লৌথোক্তুনা লৈকাই লাম্নীদা পীএ। অহু মুমিত্তা মাইস্নাম মচা মেঙব চোংথামচা মেঙব ২মানচিংনা মাকল দা তেজোল শাকখা নিংথেমমচা মযাংদগী লাকতবে হাযনা হল্লকএ। ২৪নি ঈরাইদা মহাশয ১ থোক্লকএ। অহু মুমিত্তা তৌরাংলম শেন অপিশা শাবু চল্লপোং থাইএ। ২৬নি লোংমাইজিংদা বিষুব সংক্রান্তি ওইএ, কমেং থুনচাওগী কুম শক ১৭৬৯। ২৭নি নিংথৌকাবদা শক্তিবুগী পালোক ওইএ। থ শি নোং শগোনসেন্তা মীবৈবাকী গণছানা গ্রহণ তৌগনি হায়বু মণিপুরগী পণ্ডিতনা তৌলোই হাযবদা তৌখিদে। বালেন থা ঈবাইনা হনএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা থৌপান সোইপিযা কৈবোই লাকপিগী ইংথোন্দগী কৈ ১ কাবকএ। ৭নি যুমশকৈশদা শ্রীযুৎ স্না যাথংনা নাপেৎ বতন মণিবু শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রদা চৎহল্লে। ১০নি লোংমাইজিংদা থৌবান্দগী অকোইকন কুম্মদনা শ্রীগোবিন্দজীবু মযুমদগী হোৌনা দণ্ডবৎ তৌনা কারকপবু ১০নিদা থুংলৈএ। ১১নি নিংথৌকাবদা ক্যানগৈদা মপামচা ভুবেন বুম্বদা মপা মচাবু কৈনা হাৎএ। কৈ মপী মচা ৪না ফাএ। লিশমলোক্লগী কৈ অনস্থ ফাএ। ১৪নি শগোনসেন্দা মপা ইবুংঙোগী মতু থৌরানি থাংজগা শিএ। ১৭নি লোংমাইজিংদা শ্রীলৈবেন লোংয়েন মনিক সেনত্রেং থোম্বা সনা য়াথং কুরিং শাবা দেবান মণিবামবু ফিরিংকি সাহেপকী থোংলা লৈপাক ২মাগী লাংতৈ কারহন্দনা থৌ তৌএ। স্না পুক্ষনিং পেনপীত্নুনা মচিন মনাও ওমা থুং-বোকপিত্নুনা পুবান চনখিরে। ২০নি যুমশকৈশদা যুমজাও কংলা ২মা মংলহৌনৈএ। ২২নি ঈরাইদা স্না য়াথং বায়েনশংনা পানাগী মিচেন থিবু শঙলাক কৈরুং শংকোইবা হজবা হিদংনা থাদোকএ হায়বদা শঙলাকপা ৪মা শংগোইবা হজবা ৪মা য়োংহিং চনএ। পাওনা পণ্ডিত লোইতোংবমচা

[১] তাং ২। ৪। ১৮৪৭ ইং

থুংলৈএ। ২৯নি নোংমাইজিংদা পাওল ইকেন্দা তাওরোইনাই থোকএ, মাইবগশনা থৌনিএ। ইঙেন থা লৈপাকপোকপনা হনএ। অদু মমিত্তা শ্রীযুৎ মহারাজনা শ্রীভাগবত তারকপা চহী ১৫দা লোমএ। ৪নি ঈরাইদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হোৌএ। ১০নি ঈরাইদা ঠাকুর থামান্দি নাবদা মহারাজ কুমএ। ১২নি নোংমাইজিংদা থামান্দি ঠাকুর শিএ। অদু মমিত্তা ইবুংশি রামানন্দগী মচা ১মু শিএ। ১৮নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজনা মীরৈবাক লমকোইবা চহী ১৫ ওনা মথুং থাঙংলবু শ্রীগোবিন্দজীদা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্নমক্তা উসব ভাগ্রা তৌদুনা মথুং থাদহনএ। ২৮নি নংমাইজিংদা কৌ-মেন্দগী কৈ ১ ফাবকএ। থবান থাদি শগোনসেন্দা হনএ। অদু মমিত্তা থাঙদা কৈ ১ ফারকই। ২নি ঈরাইদা চিংচঙ খোউগী[1] থাংকমপাৎ নমথাইএ। লৈকাই শগশারোই লোয়ুশঙ ২মা থুমএ। ৩নি থাঙজদা লোকচাইদা হৈস্নামগী ইমুংগা কৈ চঙদুনা মী ৭ চিকথুইএ। ৫নি নিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি হোৌএ। অদু মমিত্তা অন্যাইবৈমা লিংখংপা হোৌএ। ৭নি মম-শকৈশদা মজা ইবুংঙো বাংখৈবাকপা কুমনা কোকচাইদগী কৈ মী চাবা ফারকএ। ৮নি শকোনসেন্দা থৌরানি চিংঙাখম চদুনা মচাশিজ পোকএ। ১০নি থাঙজদা যুবরাজ মচা মুপা ১ পোকএ। ১৮নি নোংমাইজংদা শ্রীযুবরাজ মতু অহনবীনা মচাশিজ ১ পোকএ। অহীং অদুদা কোমুং থাঙপাৎ মমুদো কৈনা শন ২ চিকথুরএ। ২৪নি ঈরাইদা খোইরোমগী লাই নোংপোক্তা কৈ ১ থাবিশা ১ শিরমএ। শেক্তাওগী কৈ ১মু ফারমএ। লাংবন থা ঈরাইনা হনএ। অদু মমিত্তা শিফাই মীংৌবু নোংমৈ পান্দমহনএ। ৪নি নিংথৌকাবদা ইরোইবা মেঙোর কোনশবা মেকোর ২মানচিংবা খোংচাই শায়া নাবা চৎএ। ৭নি শগোনসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি ওই। ১৩নি লৈপাক-পোকপদা শ্রীমহাশয় চঙখিএ। ১৫নি ঈরাইদা থা শানা ফংএ[2]। ১৯নি লৈপাকপোকপদা মজা ইবুংঙোশিংগা মমাক ইবুংঙোশিংগা কাওজে শারৈএ। মজা ইবুংঙোশিংনা চমএ। অহীং অদুদ, লাই কৌবরুনা নোংমৈ থাইএ। ২৪নি নোংমাইজিংদা অকোইজামপা পুর্ণসিংনা ওয়ারেগী নিংথৌকি থিরবা থাইনা মবুথৌ গম্ভীরসিংজ মহারাজনা লিংলমএ হায়বা ১গা শিংলাংপান

[1] চিংচঙ খোউ—নদা কোঙংগী মথা থংবা খোঙ, ফংলাগী থা থংবা থাদপাংবী অরাপা লৈরবা।  [2] ভাং ২৪। ৯। ১৮৪৭ইং, চন্দ্রগ্রহণ রাত্রি ৪। ৩৪ পল গতে স্পর্শ ৯। ৩৯ পল গতে মোক্ষ।

২ যানফক ১ কি ৪ পুবকএ। ১দি মাঙোন্দা পীনৈএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা ইবোইবা মেঙোর খোংচাই নাবা থুংলৈএ। লান্দি যাংবী নিংথৌ শায়াবেং অথৌবানচিংনা লান ২০৫০ ফারকই। অচৎবা নিপা ১ নিপী ১ শায়া-নিংথৌপী শাফি লানফি নোংমৈ ২ থাও ১ ভা ২ অসি বৈপিক শ্রীযুৎ মহারাজদা কৎলৈএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা নাপিৎ বতমনি শ্রীজগনাথ ক্ষেত্র চৎলুবা থুংলৈএ। ২৭নি যুমশকৈশদা থাগী চাও চপাৎনচিংবা থুনগং ৬মা ফমকাইএ। শেনবুং ২ মহারাজদা কৎলৈএ। কোংবদগী কৈ ১সু ফাবকএ। ২৮নি শগোনসেন্দা শ্রীগোবিন্দজী লাইমাংদা উরেন ১ তারজুমা শিএ। থাশি নোং থাঙজদা সূর্য্যগ্রহণ তৌএ উযনা তাখিএ। কোংবা মপান চোংথাবগী ইংথোন্দা কৈ ১সু ফাবকএ। মেরা থা নোংমাইচিংনা হুনএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা কোনশবা মেঙোর খোংচাই নাকবা থুংলৈএ। লান্দি খোংচাই থুম্লাকপা ফারকই। নাই ১ শেনপুং ১ মহারাজদা কৎলৈএ। ৭নি থাঙসতা মেনাবী সংক্রান্তি হৌএ। অতু থুমিত্তা কংলা কম তোংএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা[1] বাক তানএ। মহারাজদি শঙকাই পুনশিবদা কমতুন থেনখৌ শাইএ। অতু থুমিংতা মনাও ইবুংঙো যুবরাজনচিংবা অৱা লম কংলা তোংনীদা শামু ফাবা চৎএ। ১২নি শগোনসেন্দা শা ফাদদনা হুন্নকএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা বামন মাংপকী মচানিপী ১ থৌবি মায়া লাইশঙদা শিএ। ২০নি শগোনসেন্দা চোংথাম শিঙ মচা চুরাসিংহ শেলুংবনচিংবা চোংথামচা দয়ানন্দ কুৎ ২মানা িফাই ৬০ লোযননা অৱাং-লম থাখুংলেন্দা খোইরু লোই থৌবা চৎএ। অদু থুমিৎ ইবুংশি থৌকাইঙম্বী মনাই অমা ঈশিংদা শিএ। ২৩নি নোংমাইজিংদা মনাও ইবুংঙো যুবরাজ-নচিংবা শামু ফাবা চৎএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা শগোনশেম কৈরাবা কবো থুপাগী মতুবু মযাং নিংথেম মচানা মতু রৈবদা মনেমনা কনবদা ইনথুবদা শিএ। ২৭নি শগোনসেন্দা লৈশাংথেম থবোবদি ম্লোংহিং হুনএ। ২৯নি নোংমাইজিংদা কিবিংকি সাহেবনা শকোন কাকবা অমা শকোনকাবি মাওনা মহারাজদা কৎলৈএ। মহারাজনা শামু মাইশা তোমপোক ১ পীখিএ। হিয়াঙৈ থা লৈপাকপোকপনা হুমএ। ৮নি লৈপাকপোকপতা হিযাঙৈকী সংক্রান্তি হৌএ। অতু থুমিং মনাও ইপুংঙু যুবরাজ শামু ফাকবা হুন্নকএ। শামু ২৪ ফারকএ। কোকচাইতকী কৈ ২সু ফারকএ। ১৩নি থাঙজদা

[1] ১। তাং ১৯।১০।১৮৪৭ ইং

লংমাইচিংতা লাইপুংথৌকী থামন হঙবা ব্যবস্থাকারি শিএ। ৪নি নিংথৌকাপতা ময়াং ইম্ফালদগী কৈ মী চাপা ৪ ফাবকএ। ৭নি শকোমসেন্তা হাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি থাঙজদা মনাও ইদুংঙ্ শামু তানপা কংজনা হল্লকএ। ১২নি নিংথৌকাপতা থামপোকপিতাকী কৈ ১ ফারকএ। ১৪নি মুম-শকৈশতা চোংথাম্বা শেন্নুংবানা অথাংলম থোইরু লোই থৌকপা থুংলৈএ। ঙাকফেকমৈ ইমনাক ৭০০ পানপা থুন থুগাইরমএ। লান্দি ঙারুথোনে ঙাকরাংনে নারাথেকনে ওমানচিংমা ২০৫ হাংএ। অচঙবা ৯ ফাএ। মৈতিংঙু চীংথংখোম্বনা ময়াম মারুমৈ চিংথারমপা নোংমৈ কামধন ১মুং ফংলকএ। হাও অচঙবা ৯মাতি থাখোকনীখিবমএ লোই চল্লবা হাওখুনদি থিপুমৈ, মৈখোমৈ, ডেহমৈ, পিজ মতুমমৈ, থিকোমৈ, গমৈ, চাথামৈ, লিশমৈ গাশিনমৈ, তেরচেমৈ, চেবমৈ, মেবেমৈ, থেরেংমৈ, নেবেমৈ, পশামৈ, তেসামৈ, ঙাকফেংমৈ হাওখুন ১৮মা অসিদি লোই চল্লমএ লোইবা পোংতি শামু ময়া ৩ তা ৭ থোইক মন ৩ নোংমৈ ৫ ফামাবন ১ অসি খৈপিক নিংথেমতা ফংলৈএ। ২২নি শকোনসেন্তা তখেন্তুবী ইরৈ অরাংপা ১ মহারাজতা বংলৈএ। ২৩নি ঈরাইতা লমলাংতোংদগী তেংখল্লা কৈ ১ ফারকএ। ২৮নি শকোনসেন্তা থাংশাপা উংতোমকী মচানা ময়াংলমতগী নিংথেম মচা ইপুংশি চিপানা নিংথৌ ওইকে লাকএ হায়বৈএ। কাইরেন থা লংমাইজিংনা হনএ। অতু মুনিং থৌরাশী চিংঙাখনপী, খোকচাও, লংমাইথেমপী ওমাকী শঙমু নিংথেমকী যানহৌশঙগু মৈ হৌএ। ৬নি শকোনসেন্তা মাইস্নামচা মেজোর ইবোমচা মেজোর ২মানচিংনা ময়াংতকী নিংথেমমচা লাকএ হায়না শিফাই ৩০০ মা পুতুনা লান চংএ। ৮নি থাঙসতা কাইরেনকী সংক্রান্তি হৌএ। ১১নি লৈপাকপোকপতা মহাবলী ঠাকুর মশক ওনএ। ১৩নি শকোনসেন্তা থাংজমচা নান্দি অযা পুরেল মেজোর শিএ। ২০নি শকোনসেন্দা শ্রীমহাবলী হনুমানী অজসেবা তৌএ। ২১নি ঈরাইতা মাইস্নামচা মুহন সিংহ মেজোর মাকলংদা শিএ। কোম্নুংদসু মাকলংদসু মৈশী পাইএ। ২২নি থাঙসতা মাইস্নামচা মেজোর মহুৎ লোকতোনপমচা মেজোরনা মাকলংদা লাম চংএ। ২৪নি নিংথৌকাপতা তোপ কাবোং মমাঙতা ঈ তাইএ। ২৫নি লৈপাক-পোকপতা ফিরিংকি সাহেপনা ময়াংতকী নিংথেম মচা কারে হায়না ঙাংসল্লা জমাদারনা নোংমৈ ২ কংলৈএ। লমদা নিংথৌকাপনা হনএ। ২নি লৈপাকপোকপতা ঙাংঙুমা শেলুংপকী মচানুপী থৌরি য়ামমা শিএ। ৩নি

যুম্নকৈশতা শুকনন্দন ঠাকুর থানেশ্বরপু নিংথেমকী গুরু ওইহনএ। মাকলাং লান চংপান্ম ইরোমচা, লোকতোনপমচা মেজোর ২মাস্নং হল্লকএ। থারম লান্দান্নং কৈনা মী ৩ হোত্তোকএ। কৈ অকোয়পাপু অহীংদা চেনখিএ। ৪নি শকোনসেন্তা হৈপোত্তা কোয়হনা কৈ অহু কায়এ। ৯নি নিংথৌ-কাপতা লমতাকী সংক্রান্তি হোঐ। ১৫নি লংমাইচিংতা[1] থাপু শানা কংএ। ২০নি থাঙসতা থোইবাংতকী কৈ ১ ফারকএ। ২১নি লংমাইচিংতা মৈতেংঙু লোংপোক বাইরং পামহৈপানা সনা কৈখেন্দা যুংলমপা নুংপু লোংশাপাগী নুংনে হায়না মকমদা পুশিনএ। ২৬নি ঈরাইদা ঠাকুর কোনোক হঞ্জপা কান্ত শিএ। কৈশামচা লোংথোনবম্নং মঙলাকনহনা শিএ। শচিফোই থা লৈপাকপোকপনা হনএ। ৩নি শগোনসেন্তা ব্রজবাসি ১ থোক্লকএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা বিম্নু সংক্রান্তি ওইএ। যুম্নাপা ক্ষেমা সিংকী কুম শক ১৭৭০। ৯নি যুম্নকৈশতা শচিফোইকী পালোক ওইএ। ১৬নি যুম্ন-শকৈশতা লৈকাই ৪মাস্নং শঙলাক কৈরং ফম্নাইপা পুম্নমকম্নং য়াওনা ভুবেন তেংহৌএ। অতু হুমিং তেথাও নিংথৌনা শ্রীযুৎ মহারাজতা হাযবকএ। ঐগী লাইথুংপা আসিপু লৈপাক খুদীংগী মাইপা কৌহনা য়েংহনপাপু ওমতরে। মণিপুরতা মাইবা অহৈপা লৈএ হায়পা তাচৈএ। ১তা পীরকউ হায়না হনগৎচৈএ। সনা য়াথং লানগোনজাম্বা হেমাসিংপু নও য়েংলু হায়না মহা-রাজনা শীখিয়ে। থা ৬ য়েংলুরবদা তেথাও নিংথৌকী লাইপু খঙতনা নারমপাপু ওমলতুনা তেথাও নিংথৌনা মহারাজদা শামু ময়াকী শমজেং ২ কৎচরকএ। লানকোনজাম্বা হেমাসিংতা সনারুপা ফুসিং ১ সনখিক ১ স্নারুপা য়াওনা বিদায় তৌতুনা শামুনা হুমিং ৫নিকী লমপী খিন্নকুনা থুংলৈএ। পোৎ পুম্নমা মহারাজতা কৎলৈএ। স্নখিকম্নং ফুরিংম্নং নও লিংচৌও হায়না পীনখিএ। ১৮নি ঈরাইতা কারোং হোঐ। ইপুংশিচা খ্বাইবাক-পান্নং মাকলাং খিংপা চংএ। ২৫নি ঈরাইতা উরুংপা লোয়শঙ মৈ চাকএ। কালেন থাতি শকোনসেন্না হনএ। মৈবী পাইএ। ২নি ঈরাইদা কারোং শঙকাইএ। পাথংপা শঙম্নু হোঐ। ৩নি থাঙসতা কংলা কম তোংএ। ৭নি লৈপাকপোকপতা থৌরাগী লংমাইথেম চম্নমা মচাশিচা পোকএ। ১১নি থাঙসতা কালেনকী সংক্রান্তি হোঐ। ১২নি লংমাইচিংতা হুইরোম

১। তাং ১৯। ৩। ১৮৪৮ ইং রাউন্দং (দোল যাত্রা চন্দ্রগ্রহণ রাত্রি ১৬। ৪ স্পর্শ ২৫। ৪৯ গতে মোক্ষ।

কুর্ত্তিসিংগী মন্থু কোনজেংগীপু অচোইপা খুমচাওক্ংপাকী মচাতা লৈও হায়হ্না য়ুম্‌নাপানা শেমএ হায়হ্না য়ুমনাবদি সনা কৈথেন্দা য়েএ। কোনজেংবীদি তোলাইপাবদা থমএ। পালানন্দ অচোইপা মোইরাং নিংথৌ মচা ২মাক্তি কৌকাকচাওদা থাইএ। লাইহুপান্থং পলেন্দা থাইএ। ১৮নি লংমাইচিংতা কোকচাইতকী কৈ অমা ফাবকএ। লাইরিক য়েংপা হিজমথং বাকচিং থাইএ। ২৩নি ঈরাইতা শুংতন হাও শন হুপা ১ কোনশম লৈকাইনা মকোক ককলমএ। শোকারাপনতা ফুমএ। ইঙা থাক্তি ঈরাইনা হনএ। ২নি থাঙসতা গোস্বাই নিত্যাই বংশ ২ থুংলৈএ। মখারমকী খোংচাই হাও ১০০ মথং থুংলৈএ। নিংথেমনা বাইরিদা থুন শেমপীএ। থমনোংতথং মাহল লোকচাওতথং তাহনএ। ৪নি নিংথৌকাপাতা ওইনাম থাপন ইনপাকী সংকোইপা হঞ্জপকা লাম্মী হিতংকা ১মা নাহা অহন ফুংকা মুননৈএ। লাম্মী হিতংনা চুমএ। শংকোইপা হঞ্জবনা লানএ হায়তুনা মপা মচা ৪নচিংনা মী ৯ চন্দ্রখোংতা থাইএ। ৭নি শকোনসেম্বা মৈতেংঙু লৈবেন নোংলেন খোমপানা দরবার তৌএ পাঙন, কৈচা লোইচা, ইরম, ইপান পুম্নমা সিফাই থনপা খৈপিকপু মাকী মাকী মকমতা হঞ্জিল্লো হায়থোকএ। ১২নি লৈপাকপোকপতা ইঙাকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি নিংথৌকাবতা সিফাই অশোন অনা পুম্নমক শঙলেন্দা লাম্নোকএ। ইঙেন থাক্তি থাঙসনা হনএ। ২নি লংমাইজিংদা[1] বামন ঠাকুর জগধাম শনলুং পুদেম্না থাকী হাও থুক্তিংকাই ১০০ পুরকএ। তখেন চিরাংতা থুনশেম্বীএ। ৮নি লংমাইচিংতা মহারাজনা পানচি লোয়শংপু হৈতপা য়াওএ হৈনপা তমও হায়থোকএ। ৯নি মিংথৌকাপতা সনা শংকোই তাবনে, সমা অতৌনে ২মা ওইনাম চম্থু ১ খুমম্থেম চম্থু ১—২মা লুহোংএ। ১২নি শগোনসেম্বা শগোল য়াইশা শিএ। ১৪নি থাঙসতা ইঙেনকী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি নিংথৌকাপতা কারাতিং থাজপু শকোন য়াইশা হাপএ। ২০নি ঈরাইতা লমচেনএ। লমচেন চেনবদা কাংচৈ শাম্নবথং হৌএ। ২৬নি মিংথৌকাপাতা তাকনাখাতা কৈ ১ ফায়এ। ২৫নি লৈপাকপোকপতা শিজ মনাই শানৌজম ১ থৌরি য়াম্না শিএ। ২৮নি ঈরাইতা নোং চুনপা হিরাং চিংথৈএ। ইঙা ইঙেন থা ২মা নোং চুদে। ২৯নি থাঙসতা থাপৈশোইতা কৈ ১ ফায়এ। থাকী হাও কোনরেকথং থুংলৈএ। কাংতামুংতা থুনশেমএ। থাশি লং-

১। তাং ২।৭। ১৮৫৮ ইং রথ যাত্রা ( কাংচিংবা হৌমিং )

মাইচিংতা. শ্রীরামচন্দ্র মপক ভাঙনা ওনএ। থবাল থা নিংথৌরাবনা হনএ। ১৩নি থাঙসতা কংলা কম তোংএ। ১৪নি লংমাইচিংতা থৌথেমচা কৈতা ছিংতংবা থাংচেমচা কৈকংপা মহনকা ২মা লমশেংপকী নিঙাই তৌনৈএ। বৈবকংপানা লানএ হায়থুনা থাকচিং কৈতা থাইএ। ১৬নি লৈপাকপোক-পতা থবানকী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি-নিংথৌকাপতা বামন গুরুময়ুমকী মচা থতাংপাম্বা ময়ুংঙ্গুং লংভং ফিরকপা ১ পোকএ। চরাংপাতপু নিংথৌজবগী লিপা অমা লমলক্তা শিএ। ২৭নি ঈরাইতা শনলামথকী কৈ ১ ফাবকএ। ২৯নি লংমাইচিংতা মোইরাং নিংথৌ অচানে অচোইপা পালানন্দনে লাইশংপনে ওমা লোইদগী কৌবংএ। বংখুন হাও শন তুপা ৩ঙ্গুং পুখংলকএ। লাংবন থা লৈপাকপোকপনা হনএ। ৫নি থাঙসতা খোমপিতোক মমথাথএ। ১৫নি যুমশকৈশতা লৈচিম মৈথু ওইনা কাথএ। লৈখোমনা লোং চুইএ। ১৭নি ঈবাইতা লাংপমকী সংক্রান্তি হৌএ। অতু মুথ্রিং মেত্রি কালা নব ময়ুমকা থামা চাওপরকা থংনৈএ। কালা নপ ময়ুমা চুমএ। থানা চাওপনা লানএ হায়তুনা নিংজেনতা থাইএ। ২১নি লৈপাকপোকপতা থৌপান ঈরোংতকী কৈ ১ ফাবকএ। ২৩নি যুমশকৈশতা মেজোব ৬মা লোই থাইএ। ২৬নি থাঙসতা মেজোর ৬মা কৌথ লে। হেন্নাক খোংপান্তকী কৈ ১ঙ্গুং ফাবকএ। মেরা থা শকোন্নসেন্না হনএ। ৫নি নিংথৌকাপাতা ভাংলোনপা দোলাইবোই হিতংপু মচা থাজপা হৈতে হায়থুনা চন্দ্রখোংদা লোই থাইএ। ৭নি যুমশকৈশতা যুমলৌতকী কৈ ২ ফাবকএ। ১১নি লংমাইচিংতা শ্রীমনাও ইপুংঙ্, যুবরাজনচিংনা কৈথেন মানপীতা শামু ফাপা চংএ। ১৪নি যুমশকৈশতা শামু শোও চংএ। ১৫নি শকোন্নসেন্না ছইত্রোমচা খুঙশারোই থনপা ১ উনা শোক্না শিএ। ১৭নি থাঙসতা শামু মাপনবা অচৌপা ১ খোঙ নমথান্নহনা চেনখিএ। ১৯নি নিংথৌকাপাতা মেরাকী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬নি লংমাইচিংতা শামু ফাপা থুংনৈএ। শামু ৮ লে। নোংদি চুদনা মান্না নোমখোংএ। ২৭নি নিং-থৌকাপাতা কুমফিতকী কৈ অমমুং ফাবকএ। মাইবিপোককী কৈ ১মুং ফাবকএ। সেপিতা শামু মচা অমা পোকএ। অমা শিএ। হিয়াঙ্গৈ থাত্তি থাঙসতা হনএ। ৪নি লৈপাকপোকপতা থাগৈশোইমাকী কৈ ১ ফাবএ। ৫নি যুমশকৈশতা মহাদেবগী শত হৌএ। অমা শতকাই। ১৩নি থাঙসতা থৌরামী খোইপম চন্দ্রমো মচা ইপুংঙ্ পোকএ। এলাংপা মুপিন্নাবম্ভ

মরাংতকী নোংমৈ হিদাক লৌপা চৎএ। মহারাজনা থুম ১দা শেন ১০০ ককও হায়রখোকএ। থুম নলোনপীনা শেন মাঙএ হায়রুনা থুম যোল্লবে। থুম ১দা শেন ৫ পীএ। তাঙমল্লে হায়দুনা থুম যোনপাগ্ ১রক তাইহনএ। ২০নি যুমশকৈশতা হিয়াঙৈকী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি নিংথৌকাপতা থুমচাওরম্পা অবামপা লোই থাইএ, কমথৌনা শিনএ। চোংথামচা শেল্লুংপাম্বং চাঙৌপুংদা শোঙ তৌপা চৎএ। থিবামচা শেল্লুংপাম্বং ওয়াংদা শোঙ তৌপা চৎএ। ২৮নি শকোনসেন্না ব্রজবাসী ৩ চঙখিএ। পোযম্ থাঙি লংমাইচিংনা হনএ। চাম্বং থুমম্বুং যাম্না তাঙএ। ৪নি যুমশ-কৈশতা মেরা কাঙচৈ শাম্নএ। অঙম তাথৌপা লেংএ থৌগল যংঘে হায়রনা যাকোংএ। ৬নি থাঙসতা এলাংপম সুপিতার মরাংদা নোংমৈ হিদাক লৌপা চৎএ। ১২নি শকোনসেন্তা মাইন্নামচা কৌরশ্যম পুরাং নিংথৌ শিএ। ১৪নি থাঙসতা শামু শোঙ তৌবা যাত্রে হায়না থৌকুনাওচমচা সুপিতাবনা চবাই হাও থুখাইএ। ১৯নি শগোনসেন্দা পোযম্বুগী সংক্রান্তি হৌএ। সুঙ্গাতাৎ হাওবু থোংকাইনা থুগাইএ। শিংথামচা তেবান থৌকুনাওচমচা সুপিদাব ২রা সিফাই ২০০ লান তানবা চৎএ। হাওভ ১৫০ হাংথিএ। ২০নি ঈরাইতা লাইরেম্বকপমচা হাচাবিমচিংনা কংমংতা শোঙ তৌপা চৎএ। ২২নি লংমাইচিংতা মগাও ইপুংঙো যুবরাজনচিংনা শামু তানবা চৎএ। ২৬নি শকোনসেন্না নোংমৈ তোপ চোংথোকএ। থাশি নিংথৌকাপতা সুংকাতাং লান তানপা থুংলৈএ। বাকচিং থাদি কৈপাকপোকপনা হনএ। থৌবুনাওচমচা লংমাইথেমচা সুবিদার ১মানা শামুশোঙ তৌপা যাদে হায়রুনা থমশোন, লাইশন, শোঙ হাও থুন ৩মা থুখাইএ। ২নি যুমশকৈশতা শামু ফাতনা হল্লকএ। ৪নি ঈবাইতা ইরোমচা মেজোবকী যুম মৈ চাকএ। ৫নি থাঙসতা ওইনামচা শংকোইপা হজপা চন্দ্রথোং লোই থাবা কৌথংএ। ক্ষেত্রিথানা চাওপমন্বং কৌথংএ। ৬নি লংমাইচিংতা বামন লবাই থাপা থৈপিক কৌথংএ। পিচারা তৌনবতা যাডে হায়পা লবাইতা হম্বহনএ। ১০নি শকোনসেন্না মহারাজনা ঠাকুর কোনোক হজপা কান্নকী কীর্ত্তণ শকপীএ। ১১নি ঈরাইতা পোইরৌ তোংপা হাওনা কৈ ১ ফাররকএ। ১৭নি যুমশকৈশতা ফৌকৈশংপমচা অয়াপুরেন মেজোরনা কপোরম চাকহোং ঙাহোং হাওনাপা চৎএ। ১৯নি ঈবাইতা বাকচিংকী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি লংমাইচিংতা তোংপুরমচা নাহাকপ লাকপনা থোংচাই লান তানপা

চংএ। মোইরাংতকী শাম্লুপন ফাওনা লোইতোংএ। ২৮নি নিংথৌকাপতা স্নথোক্ত শেমহৌনপা লৈকায় খুনথোং ৪ মানা চেক হোনএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা যুহাবাইএ। থাশি নোং যুমশকৈশতা কৌপরু ফিণ্ডী ফৌএ। চাওপোক খোংনুংতা শামু চাপা কৈ ১ ফায়এ। ফাইরেন থাংগ শকোন সেন্না হুনএ। ৩নি খাঙসতা হোদামচা ঈশৈশকপা শহলাকপা শিএ। মহারাণী নিংথৌখোংচানা পোকপা ইকুংশি যুবরাজ[1] মন্নাংতকী থোকলকএ। মপুথৌ পাখংপা সনামহী ২মাকী খুপনপু মহারাজদা বংলৈএ। ৪নি লংমাইচিংতা স্নথোক্তা লাই থোকএ। মাইপনা থৌনিএ। ৫নি নিংথৌকাপতা স্নথোক্ত চেকপন শাহৌএ। মহারাজনা নোংমৈ থান্নএ। মহারাজাগী মমাঙদা ফণবী ১না চেনশিল্লকতুনা মচাপু মথোম পাথলএ। থৌরানি থোকচাওকী বাংগোন চাংপোকশঙ্ক হৌএ। ১৩নি নিংথৌকাপতা শামন হজবা লবাই থাবা ঠাকুর মণি শিএ। পোংলেন্টপা যাওরুপা মী থৈপিক মহারাজনা চঙহনতে। ১৬নি লৈপাকপোকপদা মযাং লিন মাইনা চৈনাক্তা লিন পাওনা তৌএ। ১৭নি ঈরাইদা কপোরন লান চংপা খুংলৈএ। থোমপিতোক থিংলেনসু থিংহৌএ। ১৯নি নোংমাইচিংতা কাইরেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২২নি যুমশকৈশতা মৈতিংঙু ভমলেন খোমপাকী[2] মচাশিংনা মযাং লৈমা মমা মচা থোকলকএ। কৌপরুম্নু ফিঙৌ কৌএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা ঈশিং যাম্না চাওএ। ২৮নি যুমশকৈশতা কোন্থৌচম ইশ্বরদা নোংমৈ শিংচং তাইএ। থাশি নোং ঈরাইতা স্তুন্নিং শানা ফংএ। লমদা থাদি খাঙসনা হুনএ। ৬নি যুমশকৈশদা মযাংদগী পুরকপা সনামহী পাখংপা ২মাগী খুকমনুং মকম মফমদা তিনহনএ। ৮নি ঈরাইতা লনকী মৈ চাকপতা কৈ ১ ফায়কএ। ১১নি নিংথৌকাপতা মযাং নিংথৌ মচা নগুপ থাংএ। ১৩নি যুমশকৈশতা মহারাজদা মযাং নিংথৌমচা ল ইমিং লৌএ। নিংথেমনা স্নাবুংঙাংকোই, সনা খুংশি, থামেন চংপা, ফুরিং, লম্থাং খুংহং ফিরোই মশীং গুনা পীনৈএ। ১৫নি ঈরাইদা থা শানা ফংগনি হায়রবু মশক উদে। ১৮নি নিংথৌকাবদা যুমজাও হৌএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা লমদাগী সংক্রান্তি হৌএ। সেকমাই মচা ৪ শিংকোং ১ কবোকম চেনখিএ। ২১নি

১। থাজিং মহারাজনা মহারাণী নিংথৌখোংজম চন্দ্ৰ ... গী লৈরিক শাইপু ওটী পাহজনা পোকপা মা চন্দ্ৰহাস যুবরাজ।

২। মৈতিংঙু ভমলেন খোমপা—মধুচন্দ্ৰ মহারাজ।

শাগোনসেন্দা শ্রীমনাও ইবুংঙোনচিংবা শামু তানবা চংএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা শামু কংদনা হল্লকএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা থংকান লাইকমদা হোৌবা ক্যামৈল মপাম ফুক্না তুইএ। ২৯নি টবাইদা মথোঙদা লাইনা থোংএ। শজিবু থাদি লংমাইচিংনা হুনএ। নোংশিং হকনা শিত্তুনা নোংছমশঙ, কংলা, চৈরাক থোঙলেন ৪মা হুমথেকএ। মোংহুম শঙতি তম্না শাইএ। ২নি নিংথৌকাপতা কোনসমচা মেঙ্গোরনচিংনা কৌপকদা কংলা উ যা'নপা চংএ। অহিংদা যুহারাইএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা যুমজাও শঙকাইএ। ৫নি শকোনসেম্বা মনাও ইপুংঙো থুনচাওপা[1] শামু হুজবনা মন'ইপু যোংহিং চনএ। নিংথৌ ১চানা য়োংহিং চনফদে হাযনা পুথংএ। ১০নি নিংথৌকাপতা মযাংলৈমনা মনা কৈথেন্দ' শেন চাইএ। ১২নি লৈপাকপোকপতা শিজ মযাংলৈমা মমা মচা চঙথিএ। মহাবাজনা শকোন, শামু, ইবোই, শন, লনউন পোংলোই মশী, তুনা পীথিএ। ১৪নি উপাইতা শ্রীমনাও ইবুংঙু যুবরাজনচিংনা কংলা উচিংপা চংএ। ১৬নি লংমাইচিংতা হপু শি লৈকাপী মনাই মন্দনা শল হুইএ হাযহুনা তয়্দা থাইএ। ১৯নি যুমশকৈশদা[2] বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। লৈমপোকপম তানচৌবী কুম শক ১৭৭১। ২০নি শগোনসেম্বা শভিযোইবী পালোক ওইএ। থোইমোনতা না'দবা আকা বিনা কৌ পুকনদা লমঙক্না চেনশিন্নকুনা শোকতুনা শিএ। থিযাম মচা অমম্ব শিএ। ২১নি থাঙসতা কংলা চাত্রা থুংলৈএ। ২২নি নোংমাইচিংদা থৌবানি থোকচানবা মচা শিজা পোকএ। কংলা উ যানবঙ্গু উত্রা মম'ঙতা থুংলৈএ। ২৬নি শগোনসেন্দা[3] যুহাবাএ। ২৮নি থাঙসতা তরুং লাইরেম্বীগী লাইকোন্দা লৈনা শন২ চিকথুইএ। চমহৈদে হাযনা চনদে। মনাও ইবুংঙু যুবরাজ কংলা উয়'নবাহ্নং থুংলৈএ। চিংবাংপম খো'নাংদা ফানচৌপম নিংতোল থোমত্রাঙ ংবীনা তাওহুনা উ থাংতপ যৌনা কাবমএ। শরিক পেনা থাংনা থেমথৈএ। তা'বম ফুরা মনাক্তসং নোংমৈ শী'চং ১সু তাইএ। ত'খলম্বম দযানিথিনা স্না থাঙ পুহুনা ককচীং থুলেন্দা শল হাত্তুনা চায়এ হায়না তারত্তুনা ককচীংনা ফারক্তুনা হুইকং থাংনা চৈরাপ্তা থুংলৈএ। কনানা শীনপা হংনবদা বামন শনলুংপুবেন

১। থুজাওবা—ভদ্রসিংহ নোংচুপ লমগাইংবা নিংথেম থাবনা মাইজাম চহ পাজহুনা পোকপা মচা ইবুংঙো কমলাকান্ত ওফে´ থুজাওবা।

২। তাং ১১। ৪। ১৮০৯ ইং ৩। তাং ১১। ৪। ১৮০৯ ইং

ঠাকুর চাক্রাখায়া শীনবনে খুমএ। বাক্সা লানএ হায়না রাকচিংভা থাইএ। দম্বানিথিদি য়োংহিং চনএ। ককচীং মচা কপী শাম্নসিং ২মাদি য়ৈহনা মখুন্দা থাইএ। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। মযাং লম্বীদা খোংচাই হাও ৫ হাংখিএ হাযহনা লাম্ভানবা চংএ। ৩নি যুমশকৈশদা বামন শনলুং পুন্নেন কৌখংলে। ৪নি শগোনসেন্দা থৌবান্দোং লবাইগী চিংখোংদা থকী ভেন্না ভাতুনা নিংথৌজম রসিকানন্দপা শিএ। ৬নি থাঙজদা হাওচোং খুনলেন্দগী বংলাগী চংলম থানবা কানশাং ২ খুংলৈএ। ৭নি নোংমাইজিংদা উশমচা হিনাও হনবা শিএ। ১০নি যুমশকৈশদা লম্মাংদোংদগী শন কাও ১ মহারাজদা কংলৈএ। ১১নি শগোনসেন্দা ভৌরাংবম লোই থাবা কৌখংএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা[1] ফিরিংজীগা লাহোবং ঃ শোরুবরু ফিরিংগীনা ভমমে হায়বা ভাইএ। নোংমৈ তোপ ২০ লক কাপএ। ২১নি নোংমাইজিংদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। -৪নি যুমশকৈশদা শামু হাংথৈরাকপীনা মচা লাবা অনা পোকএ। ২৮নি নোংমাইচিংদা খোংচাই হাওনা মোইরাং থুগাইএ। মনাও ইবুংঙো যুবরাজনচিংবা লান ভানবা চংএ লান ৫ কাররুএ। নোংমৈন্দুং ৪ খোমলৌএ। হুংগোহবিদা লানমিং চনএ মোইরাং ২ হাংখিএ। নোংমৈ ২মস্থ খোমখিএ। ইঙা থাদি যুমশকৈশনং হনএ। ২নি শগোনসেন্দা মনাও ইবুংঙো খোংজই লান ভানবা থুংলৈএ ৩নি ঈরাইদা কৌকৈ শংবা মেজোর খিযা সুপিতার ২মানা লান ভানুব মকম য়োকদে হাবনা মকম থাইএ। আরোস্তার মেজোর হাংথৈমযুম ১ লাইরেন মযুম ২মাদি লোই থাইএ। ৫নি থাঙজদা কৌখংএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা মহাবাগীনা সনা কৈথন্দা খোংনা থাএ। ১২নি থাঙজদা কুচুদা খুদম হৌএ। নোংচেংদা উন্নুন মশা অমস্থ ভেংএ। বংলা বাভোনদস্থং খুংঙম হৌএ। ১৩নি নোংমাইচিংদা অরাং বৈথেন্দা থারিশং অমা চেনশিন্নকুনা হাওনা কাযএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা মংনাওআদা চিংচাকু থাইএ। হায়গীদি শিরে। ১৬নি শগোনসেন্না থৌবান ইবোংদগী কৈ ১ কাযএ। ১৭নি ঈরাইদা চোংথামচা মেজোরন চিংবা মোইরাংদা লোইতোংএ। ১৯নি নোংমাইচিংদা মচাশিজ চিংঙাথম ংংবী কোম্ন'দা শিএ। চিংঙাথমদা পোংজোইএ। ২৩নি শগোনসেন্দা ইঙাগী সংক্রান্তি ওই। ইঙেন থাদি শগোনসেন্না হনএ। ২নি ঈরাইদা রাংবন্দগী কৈ অমা কাযএ। অপোং

১। তাং ৭। ৫। ১৮০১ ইং

ইংখোল্দা তেংথরা শরিক অচৌবা অমা থঙএ। মহারাজনা লাইদা কংলে। ১৯নি নিংথৌকাবদা লাংকোন লৈকিহ্বেএ। মরেক তাহ্নুনা ফৌ য়ায়া শোকএ। ২৩নি ঈরাইভা উরুপুগী কৈ ১ ফায়এ। মেম্নু খোংসু তেকএ। থৌরানি অকোইশুগী বাংগোন মশিন হৌএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা ঈংঙেনগী সংক্রান্তি ওইএ। থরান থাদি ঈরাইনা হনএ। স্না কৈথেল্দা খুদম খোকএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনা ভেনকৈখাদা লৌ উগে হায়বরু তৌহৈদে হায়হ্নুনা তোকএ। ১৬নি নোংমাইজিংদা লংমাইথেম বাথোকএ। কোরোং শেলুংপা, দয়া ইন্দ্রসুবিদার শিঙ্গ মরা থুমচাও পুরেল পামজৌবা কুমুদসিং মমা মচা অসি খৈশিক লোইকম খুদিংদা থাইএ। ইন্দ্র সুবিদার শিজমরা থুবচাও পুবেল ২মানচিংনা শাগৈ অন্নাম্বদি কনখিরে। ২১নি ঈরাইদা হুইক্লোমবা তোলেন ফৈদা হিদং শিএ। নোংখোনবা খোং হজবনা লাইরিক ইন্দা মহাবাজবু শ্রীহাপতে হাযনা সনা কৈথেম্লা য়্রেএ। ২৪নি লংমাইজিংদা ফোইচিংদগী লাইয়িংথৌ খোবিফাবরু পুগ্রমবম বলহব লিকমাবম মন্ত্রী ২মানা মুক্তি শাবরু লাইনা য়াদে তৌহৈদে হায়না লুকম ওইনা শাইএ। ২৬নি লৈপাবপোকপদা লমপুনতাকী পাংঙন ১না কৈ ১ ফারকএ। ২৮নি শকোনসেম্বা থরানকী সংক্রান্তি হৌএ। কংলা উ য়ানপতা মী ৩ চেনহৌ- পাপু চাঙৌপুং হাওনা ফাবস্তুনা চৈরাপ্তা য়েএ। লাংপন থাক্তি লংমাইচিংনা হনএ। ২নি নিংথৌকাপভা মহারাজনা মনাও ইপুংঙু যুবরাজদা সরুপা ফুরিং পীএ। শামু ভানপসুং চংএ। ৫নি শকোনসেম্বা শামু লৈতে হায়হ্নুনা মীয়াম হমকএ। মনাও ইপুংগোক্তি কংলা উচিংপা লৈরোএ। ৬নি ঈবাইভা শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্রকী বামন পুজারি বাথোকএ। ৭নি থাঙজদা মনাও ইপুংঙু যুবরাজনচিংনা উ য়ানবা থুংলৈএ। ১৫নি লংমাইচিংতা থা শানা কংএ। ১৯নি শকোনসেম্বা থৌরাণী অকোইহ্নুনা মচাসিজা পোকএ। চিংপুতকী কৈ ১মুং ফারকএ। ২০নি লৈপাকপোকপতা শকোনমাংতকী কৈ ৩ ফারকএ। থাশি নোং লংমাইচিংতা লাংপমকী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থাক্তি মিংথৌকাথানা হনএ। ৭নি লংমাইজিংদা ইপুংঙুশিচা যুবরাজ মতু থৌরাণী লাইশাবানা মচা ইপুংঙো পোকএ। ৮নি নিংথৌকাপতা মুহারাইএ। ৯নি লৈপাকপোকপতা মেম্নুখোং তেকএ। ১০নি শকোনসেম্বা লোংচামপা উরুং পুরেননচিংনা লৈকাই শংশারোই তেংখন, অয়োকপা লোয়ননা শোইচেপ কমেংদা শামু য়েংপা চংএ। ১১নি ঈরাইভা মনাও

ইপুংঙ্ যুবরাজনচিংনা কমেংদা শামু ফাবা চৎএ। ১২নি থাওসতা তোংপুরমচা ১ লংমাইথেম মচা ১। ২ মা শামুনা শোকএ। শিতে। ১৫মি লৈপাকপোকপতা কংলা উথুন শেমএ। লাইবেনলাকপমচা পাঞ্জি শংলাকপনা পবিং শোইএ হায়পাপু পাওনমচা পণ্ডিতনা শোযতে হাযএ। শঙচিংবা যামপেমচা মোংখোনপা কোনসমচা অহল্লুপ লাকপা, তোংপুরমচা নাহাকপ লাকপা লৈপাক্কী অঙম্বশিংনা পণ্ডিংনা হায়বা পরিং শোয়তে হাযনা উথুন তৌএ। পাঞ্জি শঙলাকপনা অসিদা তৌরবদি তাওবোইনাইক্কী থিকাং শোকলে খুৎতম থোকনিএ হায়এ। তৌকবদা ঈ থোকএ। শকম্নুং মুংম্নুং লৈতমএ। পণ্ডিংনা খুতম লৈরমগনিএ হাযপা শোয়তে শকম্নুং মুংম্নুং লৈরে হায়না খুমএ। পাঞ্জি শঙলাকপনা খুদম লৈবমগনি হায়বা শোযদে। পাঞ্জি শঙলাকপনা হাযএ। শক, মুং কাংহৈতপা য়াইপু কাংথোকলে তৌহৈতে হায়রবদা পাওনমচা পণ্ডিৎ যুমনামচা পণ্ডিৎ ২মানা চুমএ হাযদা হাপচিনএ। ১৬নি যুমশকৈশতা থরানপিচাক উত্তরভাদ্রমা পানপতা কংলা হৌএ। মনাও ইপুংঙ্ যুবরাজম্নুং শামু তানপা কংততুনা হল্লকপা থুংলৈএ। অহিং অত্থ চুমথাং অঙৌপা কংলাদা থনএ। ২০নি থাচসতা উথুনতা লিন ১ চঙএ মথক্তা হঙোই ১ তোংলমএ। ২৮নি লংমাইচিংতা মনাও ইপুংঙ্ দেপেন্দ্রসিংহ যুবরাজনচিংনা কৌপাকদা শামু ফাপা চৎএ। অহিং অত্থ নোংমৈ শিংচং তাইএ। থাশি নোং লৈপাকপোকপতা ঈশিংদা কৌচেং যাম্না চোংশিল্লকএ। মেরাকী সংক্রান্তিম্নুং হৌএ। হিযাঙ্গ থাদি যুমশকৈশনা হনএ। শামু যাইশা কোকচাইতা থাথোকপপু যাংকং পঞ্জি হৈকুম পোকপিতা তাওরে হাযতুনা কৈথেন বাযনৈএ। পানা ৪মা শামু যাইশা ফাপা চৎএ। মনাও ইপুংঙ্ যুবরাজনা শামু ফাপতা পুবা লাথো শাম্নু তাওদুনা চেল্লকপা কোম্নুংদা থুংলৈএ। ৩নি থাঙসতা শামু যাইশা ফাপা থুংলৈএ। ৫নি লংমাইচিংতা মনাও ইপুংঙ্ যুবারাজম্নুং শামু কংতনা হল্লকএ। হাপাকাইতাম্নুং মযেংপা কৈতম্না লুথুমচাপাতা শবেং মৈরোংবা ১ চঙএ। হাত্তুনা তোকপোন্দা হাপ্পপতা শয়েং অহুনা বা তাঙলকএ। "কৈতম নঙনা ঐপু চাকে নিংলে ঐদি য়োইমোংপা তাওথিংমাংনে হাযএ।" মনাই ঐবি থঙদহুনা চৈ থাবে হায়ববদা "নঙম্নু কতৌবোইএ, নপুংঙোতা হাযরুও লৈপাক নিংথৌ মুংঙাইনা পাম্নপা ঈবাং থৌনিহনও" হাযরমহুনা ঈশিংতা তোংথাখিরে হায়না মহারাজদা হনথৎলৈএ। চিদাইথোংতাম্নুং হম্নিংথোই

পাইশিল্লকএ। ৭নি লৈপাকপোকপতা লাইরেল্লাকপমচা পাজি শণ্ডলাকপনা মহারাজদা হংখৎএ। কংলাকী হায়খিবা খুৎতমপু অমরক থোকলে। চাত্রা শংথোক্লসে হায়এ। নিংথেম্না নংকী লাইবিক্তা করি মহৈ থোকপা হংএ। শণ্ডলাকপনা খুমএ। শণ্ডকাবা মতুং থা ৩ ত্তপত্তা নিংথেমম্নুং লৈপাকস্নুং মাণ্ডপা থোকএ হায়না খুমএ। স্না যাধং পাওনমচা পণ্ডিং য়াগপেমচা নোংখোনপা কোনসমচা অহল্লুপ লাকপা তোংপুরমচা নাহাকপ লাকপা অণ্ডমপা পুম্নমা কৌচিন্দুনা সনা মাণ্ডতা লাইরেনলাকপমচা পাজি শণ্ডলাকপনা পাউনা পণ্ডিৎপু হায়এ। ঐনা পরিং শোয়রে হায়পাপু নণ্ডনা শোয়তে হায়ত্নুনা হৌজিক্কি খুতম পুম্নমাস্তং তৌরে। ঈম্নুং থোকলে। নণ্ডনা খণ্ডতরপণ্ডী লৈপাকী আহৈপশিংতা হংনিংণ্ডাইনে হায়রবদা নোংখোনপানা সনা মণ্ডতা হাযহৈতে হায়না পাজি শণ্ডলাকপপু হাযএ। মহারাজনা চৈরাক্তা বিচার তৌনও হায়থোকএ। মনাও ইপুংণ্ড যুবরাজ মন্ত্রী ২নাচিংনা অণ্ডম্বা পুম্নমাকী মমাণ্ডতা শণ্ডলাকপনা ননাই ঐনা হায়জপতি নিংথৌম্নুং লৈপাকস্নুং মাণ্ডকনি হাযপাকী হংখৎচপানে। অসি শোয়রপতি ননাই ঐপু হাংও হাযনা খুমএ। চৈবাক্লা বিচার ণ্ডমণ্ডরহুনা নিংথেম মমাণ্ডতা পণ্ডিৎ ২মাকী লাইবিক পুথণ্ডুনা বিচার তৌএ। পাজি শণ্ডলাকপা নণ্ডগী লাইরিক্তা হাযবদি খুতুপ কয়াদা য়াত্তা থেংকু শোকপা হংএ। নপুথৌ পাখংপাগী খুত্নপ ৯দা থেঙ্কু শোকএ খুমএ। পণ্ডিৎপু হংএ নণ্ডকীদি কযাত্তা শোকপা হংএ। ননাই ঐকিতী লম ৭দা থেঙ্কু শোকএ খুমএ। মহারাজনা লৈপাক্তা হংএ। নিংথেন মযাংণ্ডম্বগী হাকথক্তা থেংকু ফংখিপাতি লমশিং কয়াত্তা ফংপা হংএ। লৈপাক পুম্নমানা পণ্ডিৎনা হায়পা চুনএ। সনায়াথং পাজি শণ্ডলাকপাপু হংএ। নণ্ডকী লম ৩দ ফংএ হায়বদাই: মুংহোংখাইনা লম ৭ ণ্ডনা ত্তানপারা হায়রবদা অজ্ঞা হায়না খুমএ। নণ্ডদি লানলে নুং লৈণ্ডামতে। লম ৭না চুম্নপতি নমাই ঐনা লানলে হায়রবদা মহারাজনা পণ্ডিৎতা হায়এ। ফববম্নুং নণ্ডগী ওইও শিরবম্নুং নণ্ড শিও হায়এ। পাজি শণ্ডলাকপপুদি লাল্লে হায়না পুথোক্তুনা নিংথৌশেনপাত্তা বন্দি থমএ। লৈপাক্লা লুম্নমা তৌসে হজংপাপু মহারাজনা তৌকরোইএ। মানা হায়পতি মরম্নাই মস্তে নিংথৌকী লৈপাকীতমক হায়পানে। মাগী লংইরিক্লা চুমএ। লৈপাক্লা উচাও বাচাও শংথোকপা হারগনি হায়বগী ঐনা মাবু লানহনবমে। দদ্দি তৌকমোই হায়না মহারাজনা কনপীএ। ১৩নি লৈপাকপোকপতা

লাইশ্রমচা পানা হাজারি শিএ। ১৬নি শকোনসেন্না মনাও ইপুংঙ্, যুবরাজনচিংনা কৌপাক্ল নোংকৌ চিংথোংতা শামু ফানা চংএ। ১৭নি ঈরাইদা শামু মৈরাবা চেনখিহনা শেক্তাদগী কাম্লকএ। শামু থাংকোকপন্থং শকমদা ডাওহনা শামুশেনপা কৈথেল্লাকপমচা ১ শোকএ। শিত্তে। ২১নি লৈপাকপোকপন্তা থৌরাণী ডাংপম চম্থ শিএ। ভেক লৌরে হায়হনা মুম মাংত্তে। ২৭নি লংমাইচিংতা মনাও ইপুংঙ্ দেবেন্দ্র সিংহ যুবরাজনা নোংকৌ চীংথোংতা পাম্বোম খুংশয়না কোয়হনা শামু য়াপনবা ১ কায়এ। চিংথোকললকপান্তা অথোকপমচা সিকাই থনপা ১ শামুনা শোক্লা শিএ। পোয়ম্ থাত্তি শকোনসেম্না হনএ। অতু চুমিং হিয়াঙ্গেকী সংক্রান্তি হৌএ। ২নি ঈরাইতা মনাও ইপুংঙ্ যুবরাজ শামু কাবা থুংলৈএ। শামু য়াপনবা ১ কায়কএ। ১৩নি মুমশকৈশতা শংলাক কৈকং অঙম-অথৌপা খিপিক শামু তোংহনএ। শামু শঙনা শেমলৌএ। বলরাম খুন্দম্নং থোংচাই হাংনা মুপী ১ হাংলমএ। ১৮নি লংমাইচিংতা সেকমাইখান্তা লমঙকা কৈকা শোক্ল-পাক্তা ঙকনা কৈপু হাংএ। কৈম্নং পুখংলকএ। ২৪নি থাঙসন্তা লোংচামপা উরুং পুরেম্মা কংলা কুম্নদা মাথনামা নিকএ হায়না মহাবাজদা হুংখংএ। বাকচিং থাত্তি থাঙসনা হনএ। পোয়ম্থকী সংক্রান্তিম্নং হৌএ। মনাও ইপুংঙ্ যুবরাজনচিংনা মিংথেম মচা অযাম্বগা অঙমপাশিংকা কাংচৈ শান্নেএ। নিংথেমমচাশিংনা ঙমএ। অঙম্বনা চাক্ শীংএ। হুমনি নিংথৌকাবদা কাংচৈ হন্নেএ। নিংথেমমচানা ঙমএ। চাকেকোই থানাদম্ম্ কিরিংকিনা সিকাই ২০ লোয়ননা লম হাইপা চংএ। ৫নি মুমশকৈশতা কপোক্তিংকারিকী ইনোই হথিএ হায়তুনা শন তান্নুপক্তা ইচাইতা কংহনা হাও ৫ হাংলকএ। শামু মুকুন্দপনম্বোপকী ময়া য়েংলমতা অহিংতা মৈদা থানপাকুম ডানএ। ৭নি থাঙসন্তা লাইকমকা মিংথেমমচাকা কাংচৈ শান্নেএ। লাইকমনা ঙমএ। ৮নি লংমাইচিংতা অয়োকপগা অথনপগা ২মা থোঙ কাংচৈ শান্নেএ। অয়োকপনা ঙমএ। ১৪নি ঈরাইতা মনাও ইপুংঙ্ যুবরাজনচিংনা থাপদকা কাংচৈ শান্নেএ। নিংথেম মচানা ঙমএ। কি কান্বা কোংএ। ১৬নি লংমাইচিংতা নিংথেম মচাশিংকা অহল্লুপ পানাকা কাংচৈ শান্নেএ। নিংথেম মচানা ঙমএ। কান্বা কোংএ। ১৭নি নিংথৌকাপতা মহারাণীনা কংলা শাপা অবা অমা পুম্নমা শিংজু থাঙএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা সিমাম লবাইতকী কৈ ১ কায়কএ। ১৯নি মুমশকৈশতা থৌপান কিয়ামতকী কৈ ১ম্থ কায়কএ।

২০নি শকোনসেন্দা কংলা য়াইপুং থুংলে। ২১নি ঈরাইডা য়ুমনামচা থুংতনপা হুজবা লোই থাইএ। ২৩নি লংমাইচিংডা লৌখু কৈরোইকী ইরোই ২ হাওনা হুখিপাপ অম্রাতকী মংলবএ। হাওসুং ফারবএ। উংলো সিক্লাইকী ইরোই ১স্ত উচিবা কৈক্ষবকী মচানা ভবনএ হামতুনা থুমলোইডা থাইএ। ২৪নি নিংথৌকাপডা ফিরিকি চাই কাই লম হাইপা থুংলএ। সিকাইডি থনলমএ। ২৫নি লৈপাকপোকপডা খোংচাই হাওনা লাম্বাকে হায়না পাউ থুংলএ। ইবাইপা মেজোর কোনসমচা মেজোর ২ মানচিংনা সিফাই চা তরুক মোইরাংলম লান চংএ। ২৮নি ঈরাইডা মাইপাশঙ ৩ মানা কংলা লাংএ। ২৯নি থাঙজডা খোংচাইনা মুক্তি হাংপু থুগাইরে হায়পা পাউ থুংলএ। থুংলুং মানতে হায়না চোংথামচা মেজোরনচিংনা সিফাই ২০০ চঙখিএ। থাশি নোং লংমাইচিংডা থিবা কৈরুংপা মোইরাং কৈরুংপা লমনাই কৈরুংপা ২ মা খোইরুংপসুং, ফিরিংগি, চেংথাংপা হৈত্তে হায়না লোই থাইএ। রাকচিংগী সক্ত হিন্সু চৌএ। ফাইবেন থাডি নিংথৌকাপনা হনএ। নোংচুংমপানদা থংবা থুন্ন অযানপা পাইখিএ। ২নি লৈপাকপোকপডা চাইংগাই থানা সিফাই ২০ নাবু ফিরিংকিনা খোমচিনরে হায়না হাবরিএ। ফিরংগিসুং মযাং চঙখিএ। উদ্ধসুং হৌএ। মমাও ইবুংহনা পৌরু লোংফা চিংগোংদগী পামগোম থুংশিনা ফাকবা মুবুঙ-লোংইপ লুরাংবু মাংশা হাপএ। ৫নি ঈবাইদা কংলা শঙকাইএ। ৬নি থাঙজদা ইনোমচা মেজোর চুথামচা মেজোর ২মা লান চংপা থুংলএ। ৭নি নোংমাইচিংডা কোনসমচা মেজোর থুংলএ। ১২নি ঈরাইদা কোংবা তানায়েন ২মা ঈরিগে হায়দুনা নাইবাকুনদুনা কোংমাই থারুইএ। ১৯নি শগোনসেন্দা য়ুম্নাম পুনৌদগী কৈ ১ যাবনএ। ২০নি ঈরাইদা নিথেম মচাগা নাহারুপ পানাগা কাচৈ শাপ্নএ। নাহারুপনা ভনএ ফিরিংকি মযাং চঙলুবাঙং থুংলএ। ২৫নি য়ুমশকৈশডা[1] ময়াংদগী ইবুংশি মেন-লৈখোমপা ইবুংশি চিবা, ইবুংশি কোইজম তাবা ৩ মানচিংনা নিংথৌ ওইগে হায়না লাকলে হায়বা পাউ থুংলৈএ। মনাও ইবুংহল্ যুবরাজনচিংনা লোইতামচা মেজোর, ইরোমচা মেজোর, কোনশমচা মেজোর ৪মা মাকলংদা চংলে। নোংমৈ ৫ য়ক থাইএ। লৈপাক খোমথংলে। ২৮নি নোংমাই-চিংডা শাংপম খেমা সিংনা ময়াংদগী ইবুংশি কৈরাবকী মচাবু বামোন মচা

১। তাং ৬।২।১৮৫০ ইং

শাহ্না পুরকএ হায়হ্না যোৎহিং চনএ। মোইরাং কৈরুংবা, থিংগোম কৈরুংবা ২মাস্তুং লোইদগী কোথৎপিএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু মুনিস্তা লোংমৈ তোপ ৯মা কংলাদা চিংথোকতুনা মহারাজবু কোয়না ভাকএ। লমদা থা মুমশকৈশনা হনএ অহিং অহুদা থাংজমচা তোপ থনবা ১ শামু থোঙদা শনত্রি তৌবা লাইনা লাকহৎতুনা শিএ। হুমনি ঈরাইদা লৈবেংকম পুঞী মপান্দা হাওবিজমচা ১ মংলাকনৈএ। শিদে। মেনথোমচা হুহোন থনবা ২স্তুং ক্যাং ইংথোন তুরেল মপান থা থংবদা ইরুবদা ঈশিংদা লাইনা লৌহ্না শিএ। ৪নি থাঙসদা কংদা ইথোং কাংকমদা কৈবোইজম মচা ১ ঈশিং চৎপদা লাইনা যৈহ্না লাকনৈ শিদে। ইবুংশি যুবরাজগী মচা শিজ লাইশোম ওংবীমুং নাওকম ংিংনহ্না শিএ। ৭নি নোংমাইজিংদা থৌরাঙ্গী অচোইবী থোকচোম চন্দ্র ২ মাকী মচা ইবুংঙ্ অনীমা মুগুন থাংএ। মহারাজনা কংলাদগী তেংগাল হোংথএ হায়হ্না উত্রা মমাঙদা তোপ ৯ মাস্তু হোংথএ অহিং অহু অশেমচা সিকাই ১ লাইনা পামবোম লাকতুনা হনএ, শিদে। ৬নি নিংথৌকাবদা হাওবম চন্দ্র ইবেম্মা লৈমখুবীগী মশিন হৌএ। লোইতামচা মেঙ্গোব নিংথৌথোংজমচা পোইনা ২মানাচিংনা চীং কায়এ। ইরোমচা মেঙ্গোব কৌকৈ শংবমচা মেঙ্গোব ২মাস্তুং সেঙ্গম থুনৌ য়ৌনা চঙশিন্নে। ৭নি লৈপাকপোকপাদা নোংঙংলমদাইনা শঙাইসেন পাইএ। ৯নি শগোনসেন্দা মনাও ইবুংঙো যুবরাজনা থোরী-থুন্দা তেঙ্গোল হোংজিল্লে। ১১নি ঈরাইদা লাংগা হাওগী লাই মতোন্দা লোইতামচা মেঙ্গোবগা শোকনৈএ। নিপা ১ মকোক ককলকএ। ইবুংশি কৈকামুং লাংথোংদা মংলাকনৈএ, শিক্কে। লাংথোং লাকতোন ২মস্তুং শিদোক্কএ। অহিং অহুদা মুহারাইএ। ১৩নি লংমাইচিংতা অহিং মুহাবাইএ। ১৪নি নিংথৌকাপন্তা ইপুংশি মেনলৈ খোমপাকী থুং শন্নামচা পুনশিনে আঙোম খোইমোমতাপম ১ নে ২মা কাক্কএ। ১৫নি লৈপাকপোকপতা লাংগোন লৌবুক্কী পাঙন ৬ মাকলংতকী মৈতৈ ৪ কায়কএ। ১৬নি মুম-শকৈশতা[1] ইপুংশি চিপাত্তি ওক্সুবোম চেনএ। তায়বদা নোংমৈনা থিরে। মেনথোইপাত্তি হাওতন্দা হাৎনৈএ। ১৮নি ঈরাইতা[2] ইপুংশি মেনলৈ-খোমপানচিংনা লাংপোক্কী মী ৩ কাবকএ। ইপুংশি মেলৈথোমদি মংশামকৈদা উশিংদা নোংকাইএ। ইবুংশি আকোইজম তাবাদি কুমলৌদা নোংমৈনা

তাং ২৭। ২। ১৮৫০ ইং  ২। তাং ১। ৩। ১৮৫০ ইং

থিএ। মী ১৭মুং কায়কএ। ২০নি লংমাইচিংতা য়ুহাপাইএ। ২২নি লৈপাকপোকপতা অঙ্গোনা কৈ ১ কাবকএ। ২৩নি য়ুমশকৈশতা কোঙ্খৌজম লাইরেম্মতকী মী ২ কায়কএ। অক বা মী ৬০ শুইএ। ২৯নি লৈপাক-পোকপতা মাইসনামচা হাচারি মচা লৈমা মবা খোকচোম ন্নজখাশি মাইস্নামচা ওমা লোই থাইএ। মাইসনাম রাখোকএ। শাকৈ অম্নাম্বদি কনখিরে। থাশি নোং য়ুমশকৈশদা লমতাগী সংক্রান্তি ওইএ। শজিবু থাদি শগোনসেন্না হনএ। ২নি ঈরাইদা মচা ইবুংঙো ভুবনসিংহ রাংথৈরাকপানা তাংখমতকী কৈ ১ কাবকএ। ৪নি লংমাইচিংতা নিংথেম লৌকং পুরেনকী মহাকথক্তা পুঞ্জনপমচা পণ্ডিৎনা কুচুকী নুংপু উংসোইতা পুখোকলকপপু পাওনমচা পণ্ডিৎনা কুচুকী থুতা নুংনে হায়না মকমতা পুচিনএ। ৬নি লৈপাকপোকপতা নগবকীর্ত্তণ শকএ। থাতা খৌরানপিচাক ১ চঙএ। পূর্ব্ব য়ামনা চৎলে, মী যামনা শিএ। ২০নি নিংথৌকাপতা বাজী কুঞ্জদাস শিএ। ২১নি য়ুমশকৈশদা পাওনমচা পণ্ডিৎ শিএ। ২২নি শকোনসেন্না মহারাজা ম্না হকচাং ঈএ। ২৫নি লংথাইজিংদা মচা ইবুংঙো ভুবনসিং রাংথৈবাকপম্বুং মরাংলম চেনখিএ। ২৮নি য়ুমশকৈশদা[১] নোংঙানগদনা পুং ৩ লৈরিউতা মৈতেংঙ্, লৈবেন নোংলেন সেঞ্জেং মনিক খোম্বা নোঙ্গাইএ ফমপান্তা চহী ৬ পুনসিন্তি শুপ্না চহী ৫৮নি। মংলেন্দা পোৎলোইএ।

৭১

## মৈদিংঙু দেবেন্দ্র চাকা তাবা মহারাজ

মনাও ইপুংঙু দেবেন্দ্র সিংহ যুবরাজনা চহী ৪৭তা নিংথৌ ওইএ। মচা ইপুংঙু সংকমদ সিংহনা যুবরাজ ওইএ। থৌরানি অহন রাহেংবম

১। তাং ১০।৪।১৮৫০ ইং য়ুমশকৈশা ত্রয়োদশী ৩১।২৩ পূর্ব্ব ভাদ্রপদ নক্ষত্র ২৩।২০

২। মৈদিংঙু দেবেন্দ্র চাকা তাবা মহারাজ—মৈদিংঙু গম্ভিরবাজ মহারাজগী মচা ইবুংঙো চৌরাজিৎনাই সেনাপতিনা পোকপা চন্দ্রসিংহ নোংচুপ লমগাই ঙবা নিংথেম থাবনা শাংপম চঙনে, থাংজম চঙনে, লোকতোনবম চঙনে, ওয়নাম চঙনে, থাঙবম চঙনে, মাইবম চঙনে, মাইথাম চঙনে পাময়না শাংপম চঙনা চুর্জ্জসিং পোকই—, থাংজম চঙনা মধুসিং পোকই, লোক্তোনবম চঙ প্রেমলতানা মৈদিংঙু নরসিং মহারাজ লৈয়েন নোংলেন সেঞ্জে মনিকখোমবা যাদবসিংগা মজা ইবুংঙো অনী পোকই, ওয়নাম চঙনা গুণসিং

২মা কুচুদা লাইমা য়ৈএ, শিদি শিদে। ইংজেল থাদি ইমশকৈশনা হনএ। অহিং ৩ শোক্লৈএ। ওনদহুনা মৈদিংঙু সুংলেন খোম্বদি ময়াং লমদা চেনখিএ। কম্বান্দা থা ৩নে। ইবেম্মশিংদি ৯৬ পানখৈএ।

৭২

## মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে, সি, এস, আই

৩নি ঈন্নাইগী[1] নোংতাল্লমদাইদা কোম্বুং চঙএ। থৌবানমিচাক অশ্লেষানা পানবা মতমদা মৈতেংঙু জয়মান চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা চহী ১৯ দা নিংথৌ ওইএ। শঙ্গাই মাঙোপনাচিংবা শঙ অম্নাম্বা মৈ চাখএ। বংলা, ইংজাও ২১ ক্তি চা.ক্ত। ৪নি থাঙসতা নোংপোক বাইমং পামহৈবগী মচা ইবুংঙো শিএ। ৫নি লংমাই-জিংদা থাদা থবানমিচাক ১ চঙএ। ৬নি নিংথৌকাবদা ইঙেন থাগী সংক্রান্তি হৌএ। ৯নি ইমশকৈশদা[2] মোইবাং সূর্য্যবু মোইবাং নিংথৌ ওইহল্লে। ১১নি ঈবাইদা কংলা শীদোকএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা বংলাদা যোং ১ চঙলকএ। ১৫নি ইমশকৈশগী[3] অহিংদা ইবুংশিজ অঙৌ সেনাপতিনাচিংনা[4] মাগী মচিন-মনাও থিবিকপু খোমহুনা নিংথৌ ওইগে হায়হুনা বোম্বুং চঙহুনা চিনাইথোংদা নোংশোইবা কাপনৈএ ওমব্রদনা নোংঙানগদবা পুং ৪ লৈরিঙৈদা ইবুংশি যুব-রাজনচিংনা[5] ময়াংলম চেনখিএ। বামোন গোপীনাথ নোংথৈনা পাল্লে, শিএ। মী ৭মু, নোংমৈনা শে কএ। শিদি শি.দ। নোংঙাল্লবগা লাঙ্গোনজমচাবু নাহাকপমচা গোপ সিংহ ২মা মথা কৈথেল্দা হাংনৈএ। ২১নি লৈপাক-পোকপদা লৈতামচা মেঙ্গোর শিএ। ২২নি ইমশকৈশদা বাহেংবমচা মেঙ্গোর থৌনাওজমচা থাবম লাকপা, পোংশংবম হুজবা কৃষ্ণচন্দ্র ৩মা ককচীংদা থাই। থবাল থাদি শগোনসেন্না হল্লে। ২নি ঈবাইদা শংগাই হৌএ। কংলাঙ্গুং লমতাইযে। ৫নি নিংথৌকাবদা ইমজাওদা পাথংবা য়ুকৌয়ে। ৯নি ঈন্নাইদা থবালগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি থাঙজদা চোংথামচা হাজারীনা ময়াংদা মমাশিজা ওকপা চঙএ। মেম্বু থোংম্বু তেকএ। লংমাই-চিংম্বু

১। তাং ১২।৭।১৮৫০ ইং

২। তাং ১৭।৭।১৮৫০ ইং ৩। তাং ২৪।৭ ১৮৫০, শ্রাবণ ১০

৪। ইবুংশি অঙৌ সেনাপতি—নরসিংহ মহারাজগী মচা ইবুংঙো।

৫। নরসিংহ মহারাজগী মচা ইবুংঙো ভুবন যুবরাজ।

লৈকিশ্হএ। ১২নি নিংথৌকাবদা কাইরং ইংখোন্দা কৈ ১ ফাই। ১৮নি নিংথৌকাবনা পোইরৌ খোংজিন্দাগী কৈ ১ ফাবকএ। ময়াংদগী ইবুংশি পিতম্বরবু থুংলৈএ। ২০নি ইমশৈকেশদা লাই নোংশাবগী মমাঙ তুরেল মপান্দা কৈথেন্দগী চিংশিনবা নূংবু যুংএ। কংলাগী উ বা পুম্নমক্কু হলনাহৈত্তে হায়ত্না মৈদা ইকএ। মথমদা সিংহাসনগী মিংশেল্দি হিযাংদা লৈজেনৈ। ২৪নি থাঙজদা চিংঙাথমচা মবাই ইবুংঙো শেল্লুংবা গুপ্তদা ইবানবা চৎলে। ২৭নি লৈপাকপোকপদা[1] ইবুংশি মাইপাকনচিংনা ময়াংলমদা মী থরা চেনখিএ। চোংথামচা মেজোর শোইবমচা মেজোব লাইশ্রমচা মেজোর বামোন জগধাম শল্লুংপুরেন ৪মানচিংনা মীযাম যোৎহিং চনএ। গুপ্ত ইবানবন্নুং থুংলৈএ। ২৯নি শগোলসেন্দা মহারাজগী দোলাই হোৌএ। লাংবন থাদি থাঙজনা হনএ। খাকম লাকপা, বাহেংবা, পোংশংবম হন্তবা ওমা লোইদগী কৌথংলে। ৫নি লৈপাকপোকপদা[2] শ্রীগোবিন্দজীগী মাঙোপ হোৌএ। ১০নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি হোৌএ। ১৪নি ঈবাইদা নোংশাবগী ম্যুংপাক্তা থাং কে'এ। লাখোংদমুং লাইনা চেবতুম হননৈয়ে। ১৫নি থাঙসত্তা ম হেংবমচা গুন্দিামনচিংবা আগারী ২০ গনা মমা শিজ ওকপা চঙএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা মহারাজনা উত্রা মাংদা শামু থাংকোকপা যেংবদা মাউং শামুশেনবা মযাং ১ হাৎলে। শ্রীগোবিন্দগী লাইশঙদা লৈরাং শাথিবী অমা ফায়এ। ২১নি ঈরাইদা লম্বোইবা চাক চাদবা ১ থোকলকয়ে। পাঙল কোকিন অমমুং থোকলকএ। অবাং কৈথেল কাংপোকপীদা লৈহল্লে। ২৪নি নিংথৌকাবদা নোংযাই মঙ্গুংদা মুহারাইএ। ঠাকুর গুরু ননদোন পানেশোব ঠাকুর তোলমোব ২মা চঙহল্লে। ২৮নি শকোনসেন্দা ইবুংশি গোপালসিং খুবাইলাকপা ময়াংদা শিএ। ২৯নি ঈরাইদা নিংথৌ ফি ২ হোৌএ। যেবা থাদি লংমাইজিংনা হনএ। নৌকা লিলা শারৈএ। অহল্লুপকী পুংজাওমুং থোংএ। ৪নি ইমশকৈশদা শেকমাইজিন্দগী কৈ ১ ফারকএ। ৫নি শগোনসেন্দা য়েনকোকপম ১না মচা যৈথৈএ হায়রহনা চৈরাঙ্তা পুথৎতুনা য়ৈরে। ১১নি ইমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হোৌএ। শ্রীগোবিন্দগী বামোন পূজারি পুন্নমক শিরে। ১২নি শগোনসেন্দা থৌবানি ওইনাম চন্দ্র, মচেমশিজ চিংঙাথম ওংবী ২মা ময়াংদগী থুংলৈ। মসা কৈথেলদমুং শেল

১। তাং ৩।৯।১৮৫০ ইং
২। তাং ১০।১।১৮৫০ ইং

চাই। ১৫নি নিংথৌকাবদা ময়াংদগী নিংথেম মুংলেনখোম্বা[৩] লাকএ হায়না নোংমৈ ৫বক কাপএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা কাঙবম থাঙ্গাল হাজারিনা চিংনা অরোংবনে অথনবনে অনীশা লোয়নবা লান ওানবা চংলে। ১৭নি যুমশকৈশদা যুহা হাইএ। যাম্নেমচা নোংথোনবনচিংনা অভম অথৌ পুম্নমক লোইফম থুদিংদা থাইএ। ১৮নি শগোলসেন্দা তড়োমচা পাঞ্জি শঙলাকপা ময়াংদগী থুংলৈএ। অরুবনচা সুবিদাবনচিংনা লম্মা দোং লনদা সিপাই ৫০ গা শাল্লে। লংমাইথেমচা সুবিদাবনচিংনা মাকলংদা সিপাই ৫০গা শাল্লে। ২১নি নিংথৌকাবদা থাংজীংসু কৌব্রসু লাই ২মা লাইনা লোংমৈ থাইএ। ঈশিং য়ামনা চাউএ। শঙ্গেনথোংনে কৈশাংথোংনে ২মা তেকএ। লৈকায ৪মা লৈথেন কাদে। খুবাই বাংথৈ ২নাদি ঈশিংনা থুম্মে। যেংদি চাইদা লাকএ। ভান্নুনা যৌ যামনা চাইএ। ভাস্তং থুনস্থং ২মা তাউএ। থুম ১দা লেম চা ৫ পীযে। ২৪নি লৈপাকপোকপদা পোনসমচা মেঙ্গোবনচিংনা সিফাই ১৫০ গা শাল্লে। ২৭নি ঈরাইদা শঙাইথেন পাইএ। তিয় লৈ ৭। লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২নি যুমশকৈশদা কংলা থাংগৎ শংগাইএ। য়াইবুংনা কাপএ। ৩নি শগোলসেন্দা কেরাণী সাহেব থুংলৈএ। ৭নি ঈবাই য়াচংপুং মতুং পুং ৫ তাবদা নিংথেমগী সংগাইস্থু হৌএ। পাংগা চীংনিংথৌসু কিহৈ হাফহনা পৌনএ। ৭নি নিংথৌকাবদা মোং য়ামনা চুইএ। যুমিং ২নি যুংনং মশক উদে। কৌ চাউ ১বক লাকএ। ৯নি যুমশকৈশদা মচেম শিঙ্গা চিঙাখম লেংবীদা শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র থিনথৈএ। ১০নি শগোলসেন্দা নাম্বরাকপমচা মেঙ্গোবনা সিপাই ২০০ গা লান চংলে। ১১নি ঈরাইদা হিংগাঙ্গী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি শগোনসেন্দা মুংবা হাওদা নিংথেম চেনখিবগী[১] লাল লোকনৈএ। মী ১০ মরম লোকএ। ২৫নি শগোলসেন্দা মহারাজনা কাওজৈ থোকপা হঙ্গিল্লকপদা খঃ কৈথেন্দা কাকলেন ১ পাইববু নিংথেমনা নোংমৈনা থাদনা কাইএ। ২৬নি ঈবাইদা ইপুংশি ইভম্বসিংবু চন্দ্রসিদ্ধান্ত ওইহল্লে। ২৮নি নিংথৌকাবদা মকু ইবুংঙো পাঞ্জি শঙলাকপবু অতৌপানবা ওইহল্লে। শ্রীগোবিন্দজী লাইশঙদা লৈরাং শাথিবী ১ কায়এ। কোনশমচা, নামৈরাকপমচা মেঙ্গোর, কাওথা থাঙ্গান হাজারী ওমানচিংনা শিকাই লান্দাবা পুম্নমক থুংলৈএ। সনাশাবা মুহোদারনাচিংনা

১। নিংথেম চেনখিবা—দেবেন্দ্রসিং ঢাকা ভাবা মহারাজ।

৩। মুংলেন খোম্বা— দেবেন্দ্র মহারাজ ঢাকা ভাবা।

মী ও কাবকএ। নোংমৈ লংছুম ১, সিকারী ৪ খুদোং ৪মা অসি থোমলকএ। পোরম্নু থাদি ইমশকৈশনা হুল্লে। শজেনখোংদগী নোংমৈ কামার ১ খতএ। ২নি শগোনসেম্বা লাকখোং হৌএ। লাইশ্রমচা মেজোবনচিংনা মমাশিঙ নিংথেম পোকপী ৪কপা চৎএ। মমা শিজগী শতম্নু হৌএ। ৩নি ঈবাইদা শতগাই শতকাইএ। ১০নি থাওজদা নিংথেম মুংলেন খোম্বপা চেনমিমখিবা মী খৈবিকী মযুম মকৈ শিল্লুনা লাকখোংনচিংবা থোক খৈবিক শামৈয়ে। ১১নি নোংমাইজিংদা পোয়মুকী সংক্রান্তি হৌএ। ইবুংশি সেনাপতিনচিংবা শতলাক কৈকংবনচিংবা ফম পুম্নমক মমা শিজ ৪কপা চৎলে। ১৪নি ইমশকৈশদা মমাশিঙ নিংথেম পোকপী লমলাংতোংদা ভাইয়ে। মচা ইবুংঙো মহাবাজনা নোংমৈ ৪বক কাপয়ে। ১৬নি ঈবাইদা থোইজিংদা থুংলৈএ। শেনসুং চাইএ। ১৭নি থাওজদা শগোল য়াইশা অমলবা শিয়ে। শিজ নিংথৌপোকপীসুং লাংথবাল কোম্বুং চঙৈয়ে। শেলসুং চাইএ। ১৯নি লংমাইজিংদা কামংেম্নু শিএ। অবাং কৈথেনগী নোংচুপ থংবদা কুমএ। ২০নি নিংথৌপাবদা নংাশিঙ নিংথৌ পোকপীনা কৈথেল অৱম্বদা কোম্বুং চঙএ। মা কৈংথেন্দা শেল লখা ২০০ চাইয়ে। মহাবাজনা নোংমৈ তোপ ৫৫ বক কাপএ। নোংমাইথেমচা মুংনাংখোম্বা বাজখাম্নুং শিএ। ২৫নি থাওজদা তেথাওদগী ইবুংশি যুবরাজ খোংশাংবা শিএ হায়না পাউ থুংলৈএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা ঠাকুর তোনমোবাবু গুরু ওইহল্লে। বামোন সভা পুম্নমকসুং ভিন্নহল্লে। থাশি নোং শগোনসেম্বা মপা ইবুংঙো চাওলেন নোংল্লেন খোম্বাগী[১] সংকীর্তন শকএ। বাকচৗং থাদি ঈরাইনা হল্লে। ফুনান হাওনা কৈ অমা কাবকএ। ২নি থাওজদা বাবগাইদগী কৈ অমা কাবকএ। অহু নুমিত্তা লাইযিংথৌ পাখংবা মবাই লাইশ্রমচাশিংনা হুজবা ওইরিচৈ মহারাজনা পোইবৌপাংপু গুরুদগী লৌথোক্লুনা মবুথৌ পাখংবদা পীএ। গুরুদদি লফু-পাংপু পীএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা হাওবম চম্নু মহাবাগীনা মতৈ ইবুংঙো লৈরেন মুংলেন খোম্বগী[২] অস্থি পুল্লুনা খংগা চঙএ। ৮নি ঈরাইদা লোইতোংবমচা খম্বতোমমা এলাংবমগী শগুন তৌল্লুনা হাৎলে। ১১নি নিংথৌকাবদা বাজচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি ইমশকৈশদা শতগাইসুং শতগাইএ। শামুশতমু হুমিৎ অল্লুদা হৌয়ে। ১৪নি শগোনসেম্বা ফিরিংগী

১। গম্ভীরসিংহ মহারাজ।

২। নরসিংহ মহারাজ।

সাহেপ ময়াংদা চঙখি। ১৫নি ঊৱাইদা থা শানা কংএ[1]। ১৬নি থাঙজদা ইবুংশি সেনাপতিগী থুংন্থ থুংলাইবু খোমগংলে, কোম্বুংদা চঙহন্দে। ২৬নি নিংথৌকাবদা থাবম লান্দা হাও ১না হাও মচা ১ হাংলে। কাইবেন থাদি লংমাইজিংনা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা শামুশঙ্গ শঙগাই। ৩নি লৈপাক-পোকপদা চংলমগী নুং কান্দুনা শগোন ১ লাকহংতুনা শিএ। ৪নি ইমশকৈশদা সাহেপ মযাংদা চঙলুবা থুংলৈএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা কাইবেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১১নি ঘুমশকৈশদা শা মমাঙদগী শগোন ১ শিএ। ১২নি শগোনসেন্দা চিংঙাখমচা নোংখোংবনে মৈস্রামচা লুৱাং নিংথৌ ২ মানা মথাবমদা হাও তাইরুবা থুংলৈএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা সেনাপতি লৌখংলে। নোংমৈ তোপ ৭লক কাপএ। ২১নি ঊৱাইদা পাঙল ফুইস্রেদগী কৈ ১ ফাবকএ। ২২নি থাঙজদা কংলাগী উ য়ানবা লোইজিং লমদা চংলে। ২৭নি শগোনসেন্দা হাওবম হুবিদারনচিনা ওইনাম ফুশাখা লমদা লোইপোৎ থোক্লবদা ফুল্লোং হাওনা থুগাইহুনা মিংছোম্বম মচা ১নে ক্ষেত্রি-ময়ুম মচা ১নে লাইথংবম মচা ১নে সিফাই ৩ শিএ। কোনজিননে কিবোননে নোংমৈ ৫নে খোমলৌএ। লমতা থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। অহৈবম হুবিদারগী মতুনা বৈখেন কাবদা থ্নাইরম্বন খোংগী অৱাংথংবদা তুইযে মাহাক শোলনা শিএ। ফুনান্দগী কৈ ১ ফুং যাবকএ। ২নি ইমশকৈশদ' মহারাজনা চোংথাম চন্থ ২নে লোংজম চন্থ ১নে ইবেম্মা-ং ৩মা লুহোংএ। ৬নি নোং-মাইজিংদা চিংগোনলম কোনজিন্দা মহ রাজ কুমম্বুনা কৈ ১ যায়। ১০নি শগোনসেন্দা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শনজোন নিংথৌনা শগোন ৫ কংলৈএ। ১২নি ঊৱাইদা নিংথৌ কি শাবা মথনা চঙএ হাযনা মাইবা পণ্ডিংনা থৌনিল্লে। ১৩নি থাঙজদা কোনজেংবমচা মেঙ্গোরনচিংনা নুংবী নুংহাব নাবা চংএ। কোনশমচা মেঙ্গোবনাচিংনা ওইনাম ফুদোং নাবা চংলে। ২৫নি শগোনসেন্দা শগোন শঙন্থ শঙগাইএ। শজিবু থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। ৩নি ঊৱাইদা কোনশমচা মেঙ্গোবনা ঘুবোং হাও নারুবা থুংলৈএ। সিফাই অশিবা অহমকী মকোকহুং কোন লিক ফিরোন নোংমৈমুং খোম-লৌবামথৈ গুম্না পুরকএ। মহারাজনা য়ুমজাওগী গুমাংদা কমম্বুনা নোংমৈ কামার থাদনা শেল শাবম্বুং হৌএ। ৫নি নোংমাইচিদা কোনজেংথমচা

১। তাং ১৭।১।১৮৫১ মাঘ ৫ চন্দ্রগ্রহণ বাড়ি ১১। ৪ গড়ে স্পর্শ ১৭। ৪০ গড়ে মোক্ষ।

মেঙ্গোয়না অরাংলমদা লান চংলুবন্ন থুংলৈ। লান্দি নুংবী নুংহার ২মকী লাল ১০ ফারকএ। কুম্নোংগী লান্দি ১০০ ফারকএ। তেনলোইস্নুং হাওমিংন্নুং কাওইহন্নুং কনলাস্নুং মরেংস্নুং, খুম্রাংন্নুং খুন ৭মা লোইচল্লে। মানা লোইহা পোংথি ইরোই ২ থি ১৫০ লোই হারকএ। ১১নি থাঙজদা বিষুব সংক্রান্তি ওই। কুম্বী খুন নাথাবগী কুম শক ১৭৭৩। ১১নি থাঙজদা শজিফুগী পালোক ওই। ১৮নি ঙরাইদা তকং লাইরেম্মগী মনাইবু তেংথম্না স্না য়াথংনি হায়দুনা লাইগী পোংলোইস্নুং লাইগী মনাই পুন্নমকস্নুং পুথংলকএ। মাইবা লোইশঙ ওমক্না তৌহৈদে লৈথোংবুং ফুস্নিয়ে হায়দনা মহারাজদা হংগংতনা স্না য়াথংবু তৌহৈদে হায়রবদি লাইফম অদুবু শেমও হায়লোকএ। রেং-থুনাকপ। লাইফাবদা মাইবিনা য়াই ১ ফংদুনা মহারাজদা কংলৈ। ২০নি থাঙজদা নেপ্রংচা শেলুংবনা কাংপোকপিদা লৈবা পাঙন লম্বোইবীগী তোংবাইবিরে হায়দুনা মতোমমক মমুম মৈ থাদুনা লিলোংদা চেনখিএ। ২৫নি ঙরাইদা লমলাংদোং তেংখন্দা লৈবী খোমদ্রাম মাইবিগী মহাদেবদা লম কাংও মরুম ১ থুবমএ হায়দনা মাইবি মাইববু কুমদুনা লাইবাও তারুবদু মমুংদা য়াই ১ লৈনমদুনা মহারাজদা কংলৈএ। চিরাই থোংনে, বালহৌশংনে ২মানাচিংদুনা শঙ ৫ক্ত হৌএ। ২৬নি থাঙজদা কোনশমচা মেঙ্গোয়না চাইগোই লম হাইদা চংলে। ২৭নি নিংথৌকাবদা থোকচাও স্থবিদারগী মতুনা ময়াংদগী শেল অকুপ্পা পুথোকয়ে হায়দুনা দণ্ডি তৌদুনা শেল অদুদি কৈথেলদা পুথোক্তুনা য়াম্লে। ২৮নি লৈপাকপোকপদা মচা ইবুংঙো সেনা-পতিগা[1] মকু ইবুংঙো মৈস্নামচা লুরাং নিংথৌগা ২মা চৈরাপ্পা শম লাকনা য়ৈনৈএ। থাশি নোং শগোনসেন্দা ময়াংদগী স্না থোদোন যুবরাজ, স্না ভুবোনসিং, ইবুংশিজ লৈমরাম তাবা, ইবুংশিজ খুনজাওবা, ইবুংশি পুণকোর, ইবুংশি শঙগোইতাবা ৬মানচিংনা নিংথেম মচা অয়াম্বা লোইরালনি হায়দুনা লোংমৈ ৫রক ফাপই। কালেন থাদি ঙরাইনা হল্লে। নিংঙেলগী চৌংথং-খোংলেন্দা ওকলাবা ১ শিএ। মোইরাংথেম মচা ১ লাইশ্রম মচা ২মকপু লানচেনবা ফংলদুনা স্না কৈথেন্দা শগাই শাদুনা কৌএ। ২নি থাঙজদা নাপেং বলরামগী ঈ কৃষ্ণদাসগী থামা তুলসিরাম গৌর মাধোপ ওমাকী মচাবু ৭ মহারাজদা মোংবিজম চারাইগী ঈনে হায়দনা থুং কোকপীদনা মোংবীজগু

১। মচা ইবুংঙো সেনাপতি—মহারাজ লাবন্তচন্দ্রগী মচা ইবুংঙো কৈফানা পোকপা সেনাপতি শাজৌবা।

পানা ওইহল্লে। গুরুময়ুমগী ঠাকুর শিগাল্লোবু পুরিৎ ওইহল্লে। লুপ্তনম্বুং থাংখিল্লে। অহুগী মুমিত্তা কোনশঙ্গা গংগা মেজোরনে নিংথৌখোংজমচা প্রেমানন্দ লাইফম লাকপা ২নাচিংনা কৈনৌদা শাল্লে। ৪নি নিংথৌকাবদা মহাবলীগী ৬ অমা তেকএ। ৯নি ঈরাইদা মচা ইবুংঙো সেনাপতিনচিংনা আকাম্নী সিফাইগা লোয়নদুনা লান ভানবা কৈনৌ য়োনা কারকএ। ১১নি লংমাইজিংদা শ্রীগোবিন্দ অঙ্গসেবা তৌএ; তেথাও ফুকিন ১ঙুং নবগী নোংঙা হিনম-য়াইনমএ হায়দুনা মাইবনা কোকথোকএ। ১২নি নিংথৌকাবদা ফুবাম্বাগী চৈংথোংদা ইবুংশি সেনাপতিগা লান শোকনৈএ। ইবুংশি থৌদোন যুবরাজনে ইবুংশি লৈমন্নামতাবা ২মাদি লানফমদা শিল্লে। যুবলেনথম মচা চাওতোনম্বু শিয়ে। লৈথোমনা নোং চুইএ। ১৪নি ইমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। সেনাপতিনা লান চৎলুবম্বু থুংলৈয়ে। ১৭নি থাঙজদা ইবুংশি পুস্বোরনাটিংনা মী ২০ মবম্বু ফুবান্নাদগী ফাদকএ। ইঙা থাদি থাঙজনা হুনএ। ৫নি ঈমশকৈশদা ময়াংদগী পোঁয়াই প্রভুবু থুংলৈএ। লাইস্বুং য়াম্মা থোকএ। মী যাম্মা শিএ। ৮নি থাঙজদা মহারাজনা য়েনগাওপুংদা থোক্কুনা ঝেন কাওনহল্লে। ১০নি নিংথৌকাবদা অহৈনমচা চৈতৈনন্দোবু মোইরাং নিংথৌ ওইহল্লে। ১৬নি থাঙজদা ইংঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি ঈরাইদা থৌরানি ওইনাম চন্দ্রগী চাকোক বাংগোন হৌএ। ইংঙেন থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ১০নি লৈপাকপোকপদা ফৌগাকচাওগী ইবেংবমদা থাং য়াই ওইবা ১ লৈবমদুনা পুখৎলকএ। চনম্বমদম্বুং থাং য়াই ওইবা অমা লৈরমএ হায়দুনা পুখৎলকএ। ১৫নি নোংমাইজিংদা অহা' থাংগম পাৎপু কাৎতুনা ঙা থিএ। ১৮নি ঈমশকৈশদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থাওরোইজম লাইরেম্বগী ঈফুৎ মাংএ হায়দুনা লাইবু থৌনিএ। ১৯নি শগোনসেন্দা লাইয়িংথৌ সনা মহি মবুথৌ পাখংবা লাই ২মক্তা ঈ তাইএ। ২১নি থাঙজদা ক্ষেত্রি শাগৈ পুন্নমক্তা কমপু ১ ওইনদি নোংমৈ শুববু মহারাজনা নোংমৈ শুহন্দে। ২২নি নোংমাইজিংদা শ্রীগোবিন্দজী থৈথৈএ। তেথাওদগী শিজ কোলা লৈমন্বুং নাওয়োইবমচানা পুমকপা থুংলৈএ। মা কৈথেন্দা শেল চাই। ২৩নি নিংথৌকাবদা কংলা থংবা চৎলমগী খুদা কায়রে। ২৬নি শগোনসেন্দা শগোনবন্দা শেন্দাং য়াম্মা শিএ। ২৭নি ঈরাইদা হাইশেল মপালদা মহারাজনা কুমহুনা কৈ ৩ কায়এ। থবান থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৪নি ঈরাইদা মোইচা সুবিদারগী কমপুগী নোংমৈ ৩

থমহল্লে। মহারাজনা নোংমৈ পুন্নমক উপুদা থমহল্লে। ৮নি নিংথৌকাবদা নিংথৌকি শাবরু অহিংদম্ব লাইনা শাইয়ে। মথক্তুং লিলমা মরু হুবমএ। ১০নি ইমশকৈশদা অয়াং লম্বী মথক্তা মহারাজনা কৈ ৪ ফাই। পুত্রম্বমচা মোবো দেবান লাইরিক হায়বস্তুং শিএ। পুংদোংবমদগী কৈ ১স্তুং ফাবকএ। ১১মি শগোনসেন্দা শামু রাংখৈরাকপনা মচা অমোম ১ পোকএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা মবুথৌ সনামহিদা শগোল ১ বংএ। ১৭নি ইম-শকৈশদা নোং চুদে হায়তুনা মহারাজ, অঙৌপাম্বা[1] ৪মক হিয়াং তোংএ। অহিং অহুদা লমফেন মপান্দা মী ১ কৈনা শোকএ। মী অহু শিদে। ১৮মি ঊবাইদা ইশোক ইচিন্দগী কৈ ১ ফাবকএ। ১৯নি থাঙজদা থৌবানগী সংক্রান্তি হৌএ। নিংথৌশেমবা য়াওকবা থুন্নাকপস্তুং ভুথ্রদা থাইএ। খুৎহৈবা পামহৈদি থাঙ্গদা থাইএ। কোন্জোমপোকপীদস্তুং ঙাঙোম মচা ১নে শরোক-থাইবম মচা ১নে ২মক লাম্নাবদা শোরোকথাইবম মচাদি কামুনা য়ুহুনা শিএ। ২৬নি থাঙজদা অযাং লমবেন্দা কৈ ভানবরু স্নশম মচা ১নে লাইরেন ময়ুম মচা ১নে ৪মক কৈনা শোকএ। লাইরেনময়ুম মচাদি শিএ। ফোইজিংদগী কৈ ১স্তুং ফাবকএ। নিংথৌশেমবা য়াওবকপা কোনশম মচা উরাবদি সেকমাইদা থাইএ। থাঙজবা অয়া পুবেনগী মচাদি শগোলমাংদা থাইএ। নৈমাথা-ভ্রাদি পলেন্দা থাইএ। মপাং অয়াম্বদি মুক থিন্দুনা থাদোকএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা কৈথেল বাইনৈয়ে। অহৈবম মচা চৈত্নানন্দ মোইরাং নিংথৌবু মমংশিঙদা বাথোকএ হাযদনা মহারাজনা ময়াংলমদা থাজিমখিয়ে। লাংবন থাদি ইমশকৈশনা হুনএ। ৬নি নিংথৌকাবদা লাংপোক্কগী হাওনা কৈ অমা ফাবকএ। অহিং অহুদা কংলাদা তোকপা ১ চঙহুনা ফাবকএ। ৯নি শগোনসেন্দা থাঙ্গদগী কৈ ১ ফাবকএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা নিংথৌ শেমবা য়াওরকপা মীয়াম অহু থাবপা লৈজনা মী খৈবিকমক কাং সিফাইতা পীথোকএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা শেয়ে লুপানে ওল্লো লুপা ১০০ অচৌবা লথা ১১ গা শিন্নৌও হায়তুনা বৈথেন্দা লাইরিক য়াগে। লাজোম্দা শীং চনবদা ভৌবাংবম মনাই ২বু কৈনা শোকএ। জুপীদি শিএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি ইমশকৈশদা পৈথোপ্পা হোংঙাই ১ চঙএ। হিয়াং কুমৈ য়েংবদা ইবেম্মশিংনা শামু তোংএ। হুম-জনলকপদা য়েনগাওপুংগী মপাদা থৌবাণী চোংথাম চম্বু শামুদগী তাইএ।

১। অঙৌপাম্বা—অঙোম নিংথৌ।

মথুং শোকএ। চহী ২ শুনা লাই থোকএ। মী য়াম্না শিএ। মেরা থাদি ঈরাইমা চনএ। ৫নি নিংথৌকাবদা পেরে কংদাবীদগী কৈ ১ কাবকএ। ১০নি থাঙজদা কাক তানবদা মমাঙঙৈদা তৌথিদবা লাইরেম্মা দুর্গাগী মুর্ত্তি শান্নুনা পুজা তৌএ। দুমিদাং হিয়াং থাবক লান্নুনা হি তোংহন্দনা মৌকা লিলা শান্নেএ। ঈশিংদা তাহল্লে। নোংমৈ তোপ ১০ লক থাই। ১১নি নোংমাইজিংদা ময়াং ইম্ফালদা কৈনা মী ১ চাইয়ে। ১৩নি ইমশকৈশদা য়ুহারাই। ১৪নি শগোলসেন্দা থৌরানি ওইনাম চন্নুনা মচাশিজ পোকএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা কোইজিংদগী হাও ১না মচা হাংলি হায়দনা কাগৎলকএ। ২০নি ইমশকৈশদা শামু লাক থোংশা ময়াংদা পুশিনএ। ২১নি শগোন-সেন্দা কাংঙবুংদা কোজেংবমগী কৈদা থনবনা শন শেনবদা কৈনা চাইএ। ২২নি ঈরাইদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহিং অহুদা চুংথাম ইশৈ হনবগী মতুদা ইবুংশি ঊরুংপুরেনগী মচাগা, থাংগংশাবা মাইবীগী মচাগা ২মকনা থোংবু হাংলুবদা মথুত্তা থাঙনা য়ান্নুনা কান্নুনা দন্দি তৌএ। ২৪নি নোং-মাইজিংদা থাওবোইজম লৌরাইদা মোইরাংথেম মচা ১বু কৈনা চাইয়ে। মাকলংদগী কৈ ১ল্লং কাবকএ। ২৮নি ইমশকৈশদা লালোন্দগী কৈ ১ শৌকাপনা কাবকএ। ২৯নি শগোনসেন্দা লান্দীদা থম্বা ইৱেংববু চেনখি হাযদনা লৈশাংথেম্বা হাজারী, চোংথামচা হাজারী ২মক্তি য়োংহিং চনএ। অওম্বা থৈবিকম্নং চঙহন্দে। হিয়াঙ্গৈ থাদি থাঙজনা হল্লে। অওম্বা চঙহন্দববু মহারাজনা কৌথংপীরে। ৩নি নিংথৌকাবদা মুংশিং শঙ, চাইথশঙ ২মকম্নু হৌএ। মহারাজ মতোন ইবুংঙোনা শারম্বা শেলবু পীকই হাযন্নুনা শেল চাওনা শান্নুনা মপা ইবুংঙো ময়াং ওম্বনা শাবম্বা শেল অহুগা শেলজাও অহুগা য়ান্নুনা চংহল্লে। নোংমৈ ৪মক কাপতুনা শামু তোংন্নুনা পাও চেল্লে। ৫নি ইমশকৈশদা চীংগোন্দা মহারাজনা কুমন্নুনা কৈ ১ কায়এ। নোংমৈনা মী ২ শোকএ। কৈনশু মী ৩ শোকএ। বাংহেংবম মচা লাম্বী হজবদি শিয়ে। ৬নি শগোনসেন্দা লানমীদগী চেনখিবা ইরেংবা কাবকএ। ঊপুদা হাপন্নুনা কৈথেন্দা চিংএ। হাজারি ২মান্নং য়োংহিং থাদোকএ। চৈরাক্তা ঊমাইখিন্নু চঙলকএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা কোনশমচা মেজোরমচিংনা অবাংলোমদা লান চংলে। শামু লাথোংশা য়াইমবম্নং ময়াংদা পুশিল্লে। ১৭নি লৈপাক-পোকপদা য়ুহারাই। ২১নি ঈরাইদা চকপ লৈমরামদা দুগী ১মু থৌনি য়ান্নুনা শিএ। ২৩নি নোংমাইজিংদা হিয়াঙ্গৈ থাগী সংক্রান্তি হৌএ।

লংমাইচিংদগী লমহাইনা তেঙ্গোনবু লিংদুনা লৈরে। য়েংলুববু খাংপোক ১দি লৈরমমে। উদি ১। ২ য়ানথেকএ। মরোই মপাংদি খরগী খারমএ। লম পানবদি ফংলক্তে। ২৬নি ইমশকৈশদা শ্রীরামচন্দ্রগী সিফাইগী নোংমৈ ২ হুখিরে। ২৭নি শগোনসেন্দা লাংজিংদা তোকপা খোংএ। ২৮নি ঈরাইদা হাও চোংঙে, মহারাজগা ফিরিংগী সাহেপকা কাংক্লৈবুংদা দরবার তৌএ। তোপ ২৯লক কাপএ। পোয়মগী থাদি নিংথৌকাবনা হুনএ। ৮নি নিং-থৌকাবদা কমদৌনা কৈথেল থাদমা থুম ১দা শেল ২০০ ককতুনা তাইএ। ওয়্নুং য়ায়া তাংএ। ১৩নি থাঙজদা শেনগী বাথোকতুনা পিথ্রাইনা শেম শাদুনা অসিবু য়েংদুনা চৎনৌ হায়দনা কৈথেল্দা পীথোকএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা থৌনাও খাকম লাকপনা ছি যানবা থুংলৈএ। ১৮নি শগোনসেন্দা লাইশ্রমচা মেঙ্গোর শিএ। ১৯নি ঈরাইদা বামোম কম্বা মেঙ্গোরনাচিংনা সিফাই ৭০০ পুদুনা পাওখি হাও নাবা চৎএ। ২২নি নিংথৌকাবদা পোয়মগী সংক্রান্তি হৌএ। মাইস্নামনা থুম ১দা শেল ২০০ পীদনা কৈথেল্দা তাইরে। ২৩নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশি সেনাপতিগী মমাওবু লাই থোক্নুনা শিএ। ২৫নি শগোনসেন্দা শামু খাংগোকপা শিএ। তাকযেন মপান্দগুং লৈহাওকংবম মচা ১গুং কাংচৈ শাননবদা কাংক্রমনা থাদুনা শিএ। ২৮নি থাঙজদা মুহারাই, থরানমিচাক ২গী চীক্লএ। রাকচিং থাদি লৈপাকপোকপমা হুক্লে। ৩নি শগোনসেন্দা মহারাজনাচিংনা নিংথেম শাগৈগা মবাই ইবুংঙো নোংথোনবনচিংনা শিক মরাশিংগা কাংজৈ শাক্লএ। মিংথেমনা ঙমএ। সনথা থায়এ। ৪নি ঈবাইদা কাংজৈ হুক্লএ। ৭নি নিংথৌকাবদা লৈপাক্কী অঙম্বনা থুমগী বিচার তৌবা ঙমদে হায়দনা মহারাজনা থুমু হেক্লে। ৮নি লৈপাকপোকপদা মোইদাংপোক্তা লৈবা লৈচোম্বম মচা ১ ঙাথিবদা কৈমা চাদুনা শিএ। ১২নি নোংমাইজিংদা কংলাগী উ যাত্রা থুংলৈএ। ১৪নি ঈরাইদা বামোন মেঙ্গোরনা পাওথি নাকবা থুংলৈএ। ২২নি লৈপাক-পোকপদা রাকচিং থাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি ঈরাইদা লৈশাংখোংদা মহারাজনা মবুথৌ স্নামহি থুক্বা চৎএ। ২৬নি থাঙজদা অরাংলমদা পামা ৪মক্না তায় হিবু য়ানবা চৎলে। ফাইরেল থাদি শগোলসেন্না হুনএ। ১২নি নিংথৌকাবদা কোইবেংগৈদা মহারাজনা ওরেল চাবা চৎলে। ইবুংশি সেনাপতিগুং থুমথোং য়েংবা চৎলে। থানিন নোং শগোনসেন্দা লাইয়িংথৌ স্নামহিদা মমাঙতৈ থিঙ্ক থম্ববু মাঙলে হায়দনা মহাবিষ্ণু ১ হৈএ। মহারাজনা

সিকাই তুলি ৪মক্তগী অপাম্বা সিকাই ১৫০ খন্দনা লোইশঙ ১ লিংহল্লে। ১৯নি নিংথৌকাবদা তুমিং য়ুংবা মতুংদা কন্না য়ুহাহাই। বামোন সিধাস্তগী মুরা মঙক তেকএ। নোংপোক নিংথৌসুং হাইখুইরে। ২২নি শগোনসেন্তা কাইরন থাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি ঈরাইদা মখারমগী চশাং হাওনা হৈকাংনে, লমগাংমে ২মা তুমনা হাংখিরে হায়দনা মচা ইবুংঙো সেনাপতিন-চিংনা সিকাই ১০০০ লাল তামবা চংলে। ২৬নি নোংমাইজিংদা নম্বোলদা লাইশ্রম মচা ১ পোইরাইশম মচা ১—২মক্লা শল হুই হায়গুনা শঙ্গোন্দা যংহুনা থাংনা য়াম্না পুখংলকয়ে। থাশি নোং শগোনসেন্দা পুংদোংবমদা মহারাজমা কুমহুনা কৈ ১ যায়এ। ৮মতা থাদি থাংজনা হল্লে। ২নি নোংমাইজিং-দা ককহুংদা কুমহুনা কৈ ১ কাইয়ে। ৩নি নিংথৌকাবদা লমলাংদোংগী খোংনাং হাইদেকএ। ৫নি ইমশকৈশদা লাইথিংথৌ পাখংবদা ঊতাইখে। ৬নি শগোনসেন্দা শোবায়েন্দা ককচেং য়াম্না শিয়মএ। খোইস্রাম লাইরেম্মগী লৈপাকসুং চিংখাই। শেলয়াই চংনৌও হায়বা য়াদবদি কৈথেন্দা খুঙ্গোইনগে হায়না শিংজা উরোংস্তু য়াল্লে। ১৪নি ঈরাইদা নিংথেম কুমহুনা লাংজোল খোংচাক লাইরেম্মগী থা থংবা রোক্তা কৈ মমামচা ৪বু ফায়এ। ২২নি ঈরাইদা কোম্বৌমমচা লাইকম লাকপা বাংগুদা লোই থাই। ২৩নি থাঙকদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি নোংমাইজিংদা ইবুংশি সেনাপতিনা চাশাং মাবা থুংলৈ। লাম্বি নিংথৌ, চাশাং নিংথৌ নথংগী চাশাং চানং লাম্বোয়াং নোংমৈ নাশিংনবনাচিংনা ৪ ফাবকএ। শেনবুং ১ শন্দং ৩ কংতমা মহারাজনা উত্রাদা কমহুনা কম কাইএ। ২৯নি ঈরাইদা নোংমৈ পান্দমএ। শজিবু থাদি লংমাইজিংনা হল্লে। ৩নি লৈপাকপোকপদা চৈরাপ্লা শাচং লাম চংপদা বেকারী পিদে হায়দনা সিকাই ৫০০ না সেনাপতিবু তাইদনা চেল্লকএ হায়হুনা অগুদার আমোন্দাব সিকাই লুচিংবা ১০০ তমক লোইকম থুদিংদা থাই। লুরাং নিংথৌ, খুম্বোং মেজোর ২মকসুং বেকারী শিনবা হৈতে হায়দনা লুরাং নিংথৌদি লৈশাংথোংদা থাইএ, খুম্বোং মেজোরদি মকম থাইএ। লাইকম লাকপসুং লোইদগী কারকএ। ৫নি ঈরাইদা থৌরাণী তঈনাম চম্পুমা পোকপী মচা শিজবু চউমএ। মবুথৌ পাখংবসু শঙকাইরে। থৌরাণী অহল অওোম চম্পুগী চাথোক বাংগোমসুং শঙগাই। বামোন বৈথৈ হায়দনা মহারাজমা নব কীর্ত্তন শকএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা মাইশ্নামচা মেজোর-নজিনা অয়া পুরেন মেজোরগা ২মাশা কথোবমদা লাল চংপা অংনে. হাইদিং

২মকনাচিংনা হাওখুন ৬মক থুগাইরম্বসুং থুংলৈএ। ১০নি ইমশকৈশদা হাওবম চন্দ্র মহারাণী পংগা চৎপাবু থুংলৈএ। লাইরিকয়েংবম হজবা ধনেশোর, মোইরাংথেম্বা খৌবুম থানাগী জমাদার, মাইস্নাম অওন্দার মেজোরসুং ৩মকপু ময়াংদা ইরোই হত্নুনা পুশিল্লি হায়দুনা য়োংহিং চল্লে। ১৪নি থাঙজদা লুবাং নিংথৌনে খুবোং নেংকার ২মাসুং লৌবৎপিরে। থানিন নোং লংমাইজিংদা শ্রীমহারাজগী গুরুবাডী গোবাই ১ পুথোকলকএ। ১৯নি শগোনসেন্দা মীরৈবাকী সিঙ্গাই পাঠান কোয়া ১না পাঙল মেজোরগী মনংতোন্দা থাঙনা য়াল্লে হায়দুনা য়োংহিং চল্লে। ২০নি ঈরাইদা সিকাই লোই থাবা পূয়মকপু কৌথংলে। ২২নি লংমাইজিংদা বিষুব সংক্রান্তি[1] ওইরে। অস্রো গোবিন্দকী কুম শক ১৭৭৪ শ্রীযুৎ মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা মবুথৌ ইবুঙো মৈদিংঙু চৌংথংখোম্বন। চৎলম্বা শ্রীচন্দ্রাঙ্ক কৌবা শোকপু চৎকে হায়দুনা মতোন ইবুংঙো পাক্ক শঙলাকপা চন্দ্রসিদ্ধান্তদা হায়দোক্লুনা চংনৈএ। শোক মহাক্তি ১৬৪ নে। ২৩নি নিংথৌকাবদা শজিবুগী পালোক ওই। ২৫নি ইমশকৈশদা শেলয়াইবু চৎনৌও হায়দুনা কৈথেন্দা শঙদনা দোংলাইপাবানা পাম্নেএ। ২৭নি ঈরাইদা য়ুমজাও হৌএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। ৪নি ঈরাইদা য়ুমজাওসুং শঙগায়। ৫নি থাঙজদা নিংথেম চেনখিবহুগী[2] মতু বিয়াম চহুনা ময়াং চঙথিএ। লানশোম্বী লাইগী নোংলৈশঙ উ অমা তেকএ। ১১নি ঈরাইদা পোংশংবা শংলাংমৈ মৈ হৌএ। ১২নি থাঙজদা চকপা খুন্দাংদদা লৈবা তোংত্রমগী কংলা থনবগী মতুংবু থৌরি য়ান্দুনা শিয়ে। ১৪নি নিংথৌকাবদা সাহেপ মতু বিবি ১ থোকলকএ। ২২নি নিংথৌকাবদা শেনয়াই চৎনৌও হায়বদা চৎভবদি দক্ষি তৌগনি হায়দনা নোংমৈ থাইএ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা হিয়াংথাং লাই-রেম্মদা সনাহিদাক থোকএ, মহারাজনা কুমহুনা যজ্ঞ তৌএ। ২৫নি শগোলসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৭নি থাঙজদা কুম শংনবা কুঠি শাবা হৌএ। ২৮নি নোংমাইজিংদা মহারাজনা কোইরেংগৈদা জময়েংবা চৎলে। মচা ইবুংঙো সেনাপতিস্থ করথোং থুমথোং য়েংবা লৈহেম্নরকএ। ইঙা থাদি শগোনসেম্না হল্লে। ৫নি নিংথৌকাবদা মহাবলিগী উ ১ তেকয়ে।

১। বিষুব সংক্রান্তি—চৈয়াওবা, ৩০ চৈত্র, ইংরাজী ১১। ৪। ১৮৫২ ইং
২। নিংথেম চেনখিবা—দেবেন্দ্রসিংহ চাকা তাবা মহারাজ।

৭নি ইমশকৈশদা[1] মচেম শিজ তমফা চিংথাম ওংবীবু চুবারাজ ওইনা শিয়ে[2]। ১১নি থাঙজদা মুমামচা সুবিদারনা খিবুমৈদা ফিরাল মুংবা চংলে। থানিন নোং ইমশকৈশদা খৈস্রাম লাইরেম্মগী হোজংদ, খিয়ামচা শংশারোই থনবা ১ মীনা হাত্ন্মা শিএ। ১৮নি থাঙজদা শঙাইশেল পাই। ২২নি ইমশ কৈশদা খোঁবাগী অঙোম চম্নমা মচা ইবুংঙো স্নাহল[3] পোকএ। তম্না যুবরাজ হাপলে। ২৬নি ঈরাইদা নিংথেমগী শঙগাইবা জডা ১ তারকএ। ২৮নি মোংমাইজিংদা ইংঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেল থাদি ঈরাইনা হল্লে। ৩নি লংমাইজিংদা আনন্ত গুরু গোষাই শিএ। ৯নি থাঙজদা ককচীংদগী কৈ ১ কারকএ। শামুপন্দগী কৈ ১সু কাবকএ। ১০নি লংমাইজিংদা যুম্নামচা সুবিদারনা ফিরাল মুংলুবা থুংলএ। থানিন নোং শগোনসেন্দা[4] থাবু শানা কংএ। ১৬নি ঈরাইদা স্নামহীগী মমাংদা ঈ তাইরে। ১৭নি থাঙজদা থুবাইদগী কৈ ১ কারকএ। ১৮নি লংমাইজিংদা মহারাজনা মবেনথৌ খোইস্রাম লাইরেম্মা[5] থুরুম্বা লেংএ। ২১নি ইমশকৈশদা মবুথৌ স্নামহীদা মহা-রাজনা কুমহনা স্নামহী লাইহুই তাইয়ে। ২৪নি লংমাইজিংদা মহারাজনা খোইস্রাম লাইরেম্মা থুকম্বা লেংএ অমু ভূমিতা পুকম্না কৈ ১ কারকএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা থারমান্দগী কৈ ১ কাবকএ। ২৭নি ইমশকৈশদা শ্রীযুংকী উশিল ওইনা শিরে। কৈশাম মচা ভীমরামবু লৌ পবি ৫ পীত্নমা শিমৈএ। থৌ বা পূন্নমকম্ব কোকপীএ। ২৮নি শগোনসেন্দা ইঙেলগী সংক্রান্তি হৌএ।

১। তাং ২৫।৫।১৮৫২ ইং ১৪ জ্যৈষ্ঠ।

২। মচেমশিজ চিংথাখম ওংবী—মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা মমাং লৈবাক্কগী থোরক-লগা অমুক হন্না নিংথৌ ওইরবদা চিংথাখম নোংপোকপা ওংবী মচেম শিজবু যুবরাজ হাপখি। শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র অসি চীংথংথোবা মহারাজগী মনা ঠাকুরগী যুবরাজ ওই-বশিংদা মথং মথং লাৎনরকপনা শকাব্দ ১৭৭২ হিরাংদ থাংগী মচেম শিজ চিংথাখম ওংবীগীদা শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র চিংথাখমদা লাংখি। মচেমশিজনা যুবরাজ ওইনা নোংপাংবা মতুংদা শকাব্দ ১৭৭৭ থবান ২২নি পানবা নিংথৌকাবা ভূমিত্তা (তাং ৩।৯।১৮৫৫ ইংদা) চিংথাখমগী শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র পুথংলকখি।

৩। মচা ইবুংঙো সনাহল—চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মপা ইবুংঙো অহন যবচন্দ্র খৃষ্টাব্দ ১৮৫২ জুন থাগী তারিখ ৮, শকাব্দ ১৭৭৪ জ্যৈষ্ঠ ২৮, ইংগা থা ২২নি পানবা মুরেশকৈশা ভূমিৎপা পোকই।

৪। আষাঢ় ১৯, তাং ৩০।৬।১৮৫২ রাত্রি ঘ ২।৫৭ চন্দ্রগ্রহণ।

৫। খোইস্রাম লাইরেম্মা—পেতংঙা।

থাশি নোং থাঙজদা নোংমৈ তোপ চোংখোকএ। খৌরান থাদি লংমাইজিংদা হল্লে। ঈ.শিং বাল্লা চাওই ময়নাওতাম্বুং নমথাইখে। কোম্লাগু চেগাইগু নমথাইএ। মথা মাল্লক লৌ শিএ। ৫নি ইমশকৈশদা ফিশাবা লোই-শঙগু পীএ। মবুধৌ পাখংবদা উরেল শৌএ। ১৩নি শগোলসেন্দা মহাবলিগী উ ১ ভুইএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা মবুধৌ নোংপোকী ইনামুংদা শরেং শিএ। ১৯নি ইমশকৈশদা মোংবা শঙগাইদগুং শ্রীগোবিন্দদগুং ঈ তাইএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা ইম্ফাল ভুরেলনে, ইরিল ভুরেলনে, খৌরাল ভুরেলনে ভুবেল ওমা ঈশিং মচু ওল্লে। কুৰী লোইশঙদগু ঈ তাইএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা মচা ইবুংঙো সেনাপতি[১] শিখে। ২৬নি ইমশ-কৈশদা অহল্লপ লাইকমগী তাম্নহি য়ানবা হি থুংলৈএ। থাশি নোং লংমাইচিংদা থল্লালগী সংক্রান্তি হৌএ। মহাবলীগী উ ১ তেকএ। লাংবন থাদি নিং-থৌকাবনা হল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদা বামোন ভগধামনা মহারাণী থিল্লাম চম্বুবু খিনজিম্নবা থুংলৈএ। ৫নি ঈরাইদা অযামচা ১নে চকুংথম মচা ১নে ২মকনা শঙগাই শম্বদা লংজগ্রুনা লাংঙথেলদা ১ থাই, পলেম্দা ১ থাইএ। ১০নি ঈরাইদা মনুশী নোংপোকী ইনামুংদা ভা শরেংনচিংবা ভাযাম শিখে। ১৬নি নিংথৌকাবদা শঙলেন পানাগী মীনা সিফাইদা চেনবা তৌফনোই হাযদোকএ। ১৮নি ইমশকৈশদা স্বথোংদা ঈ তাইএ। থোকচোমচা স্বৰিদাবদি রাকচিংগৈদা থাইএ। ২০নি ঈরাইদগুং শ্রীগোবিন্দ-জীদা ঈ তাইএ। ২১নি থাঙজদা শোংজমশঙ হুমদেকএ। কুমফি লোইশঙদগু ঈ তাইএ। থাং শাবা ঊংতোমগী মচাল্পী তোংব্রম ও বীনা মবানা চাম্নবনে হাযগুনা মী মকোক্কা চাক থোংগুনা থৌ তৌরম্বদা কংএ। তৌহৈদবা নামুংমবৰু তৌএ হায়গুনা মহাক ময়াংদা থাজিনবৰু মাকলংদা শিএ। ২৫নি ইমশকৈশদা মাহাকপ থাকমগী তাম্নহি য়াম্নবা হি থুংলৈ। থোকচাও স্বৰি-দাবদু রাকচিংগৈদগী কৌখংলে। ২৬নি শগোনসেন্দা নোংহুমশঙ শাই। মরোংখোংগু ব্রাংহৌএ। ২৯নি লংমাইচিংদা থাংমৈবন্দা মহারাজনা হুমগুনা কৈ ১ কাই। পাওনমচা অওন্দাম কৈনা লোক্কমা শিএ। থাশি নোং লৈপাকপোকপদা ঘরি শিফাইগী কৌ চাইরে হায়গুনা শিফাই ১ মথুং

---

১। মচা ইংবুঙো সেনাপতি—নাবজ্চন্দ্র মহারাজগী মত ইবুংঙো শাজৌবা সেনা-পতি। সেনাপতি শাজৌবনা দিনচন্দ্র ব্রাংথৈরাকপনে, লোকেন্দ্রজিৎ ব্রাংথৈবাকপনে, নেত্রজিৎ শামু হজবনে, কালা শগোল হজবনে, তাংবা লৌকংপুরেমে পোকখি।

থৌখেকএ। মেরা থাদি অনী তাইএ। মেরা থাদি ইমশকৈশনা ২নি পারে। অহু ছুমিত্তা লাংবনগী সংক্রান্তি হোৌএ। ৫নি থাঙজদা[1] মোইরাংদগী কৈ ১ ফারকএ। ৭নি নিংথৌকাবদা[2] মচা ইবুংঙো যুবরাজ সুরচন্দ্র সিংহবু মমিং থোরে। ১০নি শগোনসেন্দা ককরা মপান্দা লৈবা থৌনাওজমগী ইংখোন্দা থকী নাপী তাইএ। মেরা থাদি শগোনসেন্না হনএ। ৩নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি হোৌএ। ৫নি নিংথৌকাবদা ময়াম্বুং ইবুংঙো ধর্ম্ম সেতুবু[3] সেনাপতি হাপএ। ১০নি ঈরাইদা[4] কাক তারে নিংথৌকিম্নুং হোৌএ। অরাদগী থোকলকপা লৈমপোকপম ১না অরাগী কি ময়েক নাইবা ১মু হোৌএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা হৈরোকী শিংখধনিরাবু মনাইনা হাত্তনা শিএ। ২৩নি শগোনসেন্দা মহারাজ কুমহুনা ফকম্বুংদগী কৈ ১ ফারকএ। নিংথৌখোংজমচা মেঙোরনা কৈয়াং থেকএ[5]। হিয়াঙ্গৈ থাদি ঈরাইনা হুরে। ৪নি নিংথৌকাবদা হিয়াঙ্গৈকী সংক্রান্তি হোৌএ। ১০নি লংমাইচিংদ[6] সনাহল যুবরাজ[7] চউম্মে। ১১নি নিংথৌকাবদা লাই পোৌকনা লাইগী নোংমৈ কাপএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা[8] সনা নাওলসিং[9] মচিল মনাওগা সনা

১। তা° ১৭।৯।১৮৫২ ই°। ২। তা° ১৯।৯।১৮৫২ ই°।

৩। ধর্ম্মসেতু সেনাপতি—চৌর্জিৎ মহারাজনা লৈমায় চন্দ্র পাম্রচনা ধর্মসেতু পোকই। ধর্মসেতু সেনাপতি না কৈরা সনা, রতন সনা, মনিক সনা, চাওতোন সনা, যাত্রা সনা, উদয় সনা মজা ইবুংঙো তকক পোকলম্মি।

৪। তাং ২১।১০।১৮৫২ ইং বিজয়া দশমী।

৫। কৈয়াংথেকপা—তাংবলোই (থাংবন) চাদবা অকন অথৌদি কৈরাং থেকপা সাই। কৈরাং থেকপদা লৈংপা ফিরেৎ কৈরেংদি—নীংথম লমফিন, থপাংসাই, খুবোম সাই শিরোনবা থোঙ্গাই মথক মথা, লাংমৈ পুংলেনবা মতু, লৈংথম, পকেং পোনমা থক্তা থোনমা, ফীরান নাম্বথক্তা নামা থেৎপা, নিংথৌফি তাভিম, শাযাং, তাকপ। লামরিবা পোৎলোই অমি তারবনা কৈয়াংথেকপ, অথম থেংগৌ শাবা চিংগোন খেন কারবদি মহাক পুনশিদে, লৈমা নি থৌমী কন্দবা ওই, লৈপাক রাষ, পৌইদে, চাকপোন ফিরোন লোৎপা কৌই। খৃষ্টাব্দ ১৮৩০ দা গম্ভীরসিং মহারাজগী সনাফাকক্তা, কাছাৰগী হৰিটিকর বোংদা লান্দাহনা কাছারী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র ফাবগী মতাংদা মেজোর অমি তাংবলোই চাথি, মাদি শাকা লাংবাগী কোলোই মিংথোম্দি নিংথৌরোন লাইরই পাওগা থদনি।

৬। তাং ৬।১১।১৮৫২ ইং।

৭। সনাহল যুবরাজ—চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মচা ইবুংঙো অহন মরুচন্দ্র যুবরাজ।

৮। তা° ২২।১১।১৮৫২ ইং

৯। সনা নাওলসিং—মধুচন্দ্র মহারাজনা মেহেরেন্দ্র চন্দ্র ইচ্রা পাম্রচনা সনাহল নাওলসিং যুরাজরাকপা পোকই।

কাঙ্গাই সিংহ ৪মনাচিংনা মিংথৌ ওইগে লাকএ হায়দুনা নোংমৈ থেক কাপএ। ১৩নি ইমশকৈশদা লাইয়িংথৌ খোরিফাবগী চীংখাং লাইতোঙ্গম খুনলক্তা শোকখৈএ। ইবুংঙো মাঙলসিংহ, কৈরাবা[১] ২মাদি কায়এ। মচা ইবুংঙো ২মাদি লানকমদা মায়থীরে মীসুং খরা শিএ। নোংমৈনা খরা শোকএ। খরা কায়। ইবুংশি কাঙ্গাইনচিংদনা ময়াংলমদা মী খরা পুদুনা চেনখিএ। ১৪নি শগোনসেন্দা সাহেপ ১না চিংনা সিফাই ১৫০ গা লান ভাব্রবা থুংখৈএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা সাহেপ লম্বেল শেমলুবসুং থুংখৈএ। ২১নি শগোলসেন্দা কোকচাইদা শামু ক্লাতোমপোকপু ভাওদুনা মাউৎ ১ শামুনা হাংলে। মী ৩ শোকএ, শোক্ত শাহুনা কায়এ। ২২নি ঈবাইদা ইবোম মৈক্লাওদা মহারাজগা সাহেপকা য়াওনা কৈ ২ কায়। ২৬নি লৈ-পাকপোকপদা সাহেপ লাল তালবা চঙখিএ। ২৭নি ইমশকৈশদা খামোন চন্দ্রহাসকী মচানা সেনাপতিগী লাইশঙ ময়াদা য়াওখম নিংঙোলবু[২] মহাক শোনবীবু ইচা মত্তে হায়দুনা শোবিনা খিলহৎতুনা হাংলে। মহাক্তি অরাদা থাক্তিল্লে। ২৯নি ঈবাইদা য়ুম্নামচা সুবিদাবনা খোইরু লোই থৌবা চৎলে। থাশি নোং থাঙজদা[৩] মুমিংপু শানা কংএ। পোয়সু থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা সাহেপ ২ থুংখৈএ। অদু মুমিত্তা কৈথেন্দা শেল খনবা মীশিংসু খুঙ্গোইখৈএ। ৪নি ইমশকৈশদা পোয়মুগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু মুমিত্তা নাম্মৈবাকপা মেঙ্গোবসু ময়াংদা নোংমৈ হিদাক লৌথোকপা চৎলে। মুমিৎ অদুদা মিমু থোংদসু মুপী ১ ঈশিংদা তাদুনা শিএ। ৭নি থাঙজদা মহারাজনা লৈশাংথোংদা মবুথৌ স্নামহৈ খুকবা লেঙএ। ৮নি লংমাইচিংদা সাহেপ ২ ময়াংদা চঙখি। ১১নি ইমশকৈশদা মহারাজনা শিজমরাশিংগা কাঙজৈ শান্নেএ। মহারাজনা ঙমএ। ১২নি শগোনসেন্দা কোনসমচা মেঙ্গোবনচিংনা মেগজিংগী ঊ য়ানবা ওকপা সিফাই মী ১০০ চৎলে। ১৩নি ঈরাইদা য়ুম্নামচা লিলাসিংনা থোইরু থৌবা চৎপদা মাও পুংথোংনা সুবি-দারনচিংনা মী ৪বু হাংখিএ। ১৫নি লংমাইজিংদা লৈশাংথেম পিবা শুগ্রি সিংবু মেঙ্গোবগা হাজারিগা ২মক্লা পিবা মত্তে, পিবাদি ১ লৈ হায়না লাইঙ

১। কৈরাবা—মধুচন্দ্র মহারাজনা লৌরিয়াম চন্দ্র পাম্নদুনা নিলম্বর সিংহ কৈরাবা শোকই।

২। মহাক শোনবী—মপুক কলবী।

৩। তাং ১০। ১২। ১৮৫২ ইং সূর্য্য গ্রহণ দিবা ১। ০ গতে স্পর্শ ১০। ৮ গতে মোক্ষ।

লৌথোক্লগনি হায়রুনা থংনৈ। পারি পুরি থিনবদা হান্নগী পিবানা চুথএ। অহিং অহুদা থাস্থং শানা কংএ[১]। ২০নি থাঙজদা যুহারাই। বাকচিং থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ৪নি শগোমসেন্দা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি নিংথৌকাবদা চেকশাবা হৌএ। ১০নি ইমশকৈশদা অঙম্বা পুন্নমক মকম থাইএ। মহারাজনা ভম্না লৌখংপি। ১৯নি ঈরাইদা নামৈরাকপা মেঙ্গোরনা নোংমৈ হিদাক লৌরুবা থুংলৈ। ২৭নি থাঙজদা ওইনামলোং থানাবু থুগাইরে হায়না কোঙেংবা মেঙ্গোরনচিংনা লাল ভানবা চংলে। ২৮মি লংমাইচিংদা লাইফম লাকপা, মাহারুপ লাকপা ২মানচিংমা চেকশিং য়ামবা শানএ। কাইরেন থাদি ইমশকৈশনা[২] হল্লে। ৩নি ঈরাইদা কাইবেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা মোইদাংপোক্কগী শীংচনবা নিশানা কৈ ১ ফারকএ। ১৯নি লংমাইজিংদা ইবুংশি কৈরাবগী মচাবু ময়াংদগী থুংলৈ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা হিয়াংথাং লাইরেম্মদা মহারাজ কুমহুনা যজ্ঞ ভৌএ। ময়াইলম তুরেল লৈতবা খুন্দি ঈশিং ভাঙএ। লমদা থা শগোনসেন্না হনএ। ২নি ঈরাইদা লাখোংদা শংঙাই অমোম অমা কাই। ৩নি থাঙজদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইবুংশি নাওলসিংস্থ শিএ। ১০নি লংমাইজিংদা হুংজেংদা ভাখা য়াম্না শিএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা কোঙেং-বমচা মেঙ্গোরনা লাল তান্নুবা থুংলৈ। লালদি লুশৈ হাওনে। লাল হাও ৬ ফারকএ। ১দি হাংলকএ। লাল ভালহৈতে হায়রুনা মহাক্তি বাইকোক্তা থাইএ। কোনসমচা মেঙ্গোরনচিংনা লাল তানবা ১ রক চংলে। ১৩নি ইমশকৈশদা মহারাজ লমলাংদোংদা লেঙএ। ১৭নি লংমাইজিংদা পাঙল পাওশা হৈষবু ৪ থুংলৈএ। কাংজৈবুংদা মহারাজ থোক্তুনা পাওশা ভৌহল্লে। ২৪নি থাঙজদা চশাং নিংথৌ ফম কাই। ২৭নি লৈপাকপোকপদা হুংজেংদা ভাখা য়াম্না শিএ। শজিবু খা থাঙজনা হনএ। ৩নি নিংথৌকাবদা বিষুব সংক্রান্তি ওই। অহিং অহু ফিশাবা লোইশঙবু মৈ চাকএ। থিদুচাম্বা চিংশোম্বগী কুম শক ১৭৭৫। ৪নি লৈপাকপোকপদা শজিফুগী পালোক ওই। ৮নি থাঙজদা য়াইরিপোক্তা ম্রব'ম অমা মহারাজনা মবুথৌ লাই লোংপোক্তা কংলে। ১৭নি নিংথৌকাবদা লাইরেনকাবিদা পোংশংবমগী

১। তাং ২৫। ১২। ১৮৫২ ইং চন্দ্রগ্রহণ রাত্রি ১। ৪৮ পল গত্তে গ্রাহ স্পর্শ ৮। ৩৪ গত্তে মোক্ষ।

২। তাং ৮। ২। ১৮৫৩ ইং।

ইমুংদা পুথ্রম্বমচা ১না খোঙ হাংলুবদা নোংমৈকাপ্নমচা ১নে থাঙদেমচা ১নে পোৎশংবম মচা ১নে মাখোই তনা হাংলে হায়দুনা তমান্থ তুপ্পু্দা থাইএ। ২১নি ঈবাইদা নোংচুপে হায়দনা মাইবা শঙলেন তমকনা নোংশিৎ লাংলে। অহিং অদু লিকনা খরদং তাবা হৌএ। ২৭নি শগোমসেন্দা কোনোক থিংজেল লপেল মপান্দা মাইপ্নামচা অহিংগী মতু মপুক কংলিবীবু পুথ্রম্বমচা ১নে কা হুজমচা ১নে মাখোয় ২মানা হাত্ত্বনা কুমখাদা নমশিল্লমএ হায়দুনা থাইবম্বন্দা হাংনৈএ। শাফাক কাপ্পা য়ারে। ২৮নি ঈরাইদা মতোন ইবুংঙো চন্দ্রসিদ্ধান্ত পাম্বি শঙলাকপনা নোংচুমবা যজ্ঞ তৌএ। থা ৭ তুনা নোং চুপ্রবু নোং চুবা হৌএ। ২৯নি থাঙজদা শেন খল্লি হায়দুনা কবচীং মুগী ১ খুজোইনৈ অদু মুমিত্তা নোংমাইচিং মতোনগী য়োৎ খল্লোংম্নং মাঙলে হায়দুনা মাইবনা য়ুংলুইএ। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ৫নি ঈরাইদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা ওইনামলোং থানাগী লোই তোংলুবা স্নশম অঙন্দাপ্ননা অনাবা পুথোকললকপবু সিফাই অনাবদি হাওখুন্দা হুনদোকললমএ হায়দুনা প্রেপ তৌবদা মহারাজগী মমাঙদা য়ৈএ। ২০নি থাঙজদা মহাবাজনা গাবোংকা, চৈরাপকা কাংজৈ শান্নহল্লে। ২৪নি লৈ- পাকপোকপদা পুথ্রনবমচা পণ্ডিৎ নিংথৌয়োন শেম্বা শিএ। ইংঙা থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৬নি লংমাইজিংদা শ্রীগোবিন্দজীগী মাঙোপ্পা তুমপতা মোইরাংখেমচা ১ মঙলাক্লদুনা শিএ। ৭নি নিংথৌকাবদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১১নি ঈরাইদা চুপ্পান থাদববু চুরান থাই হায়দুনা লৈপাক পুম্নমক কিনৈ। ১৫'ন লৈপাকপোকপদা কৈথেল কায়নৈ। ১৬নি ইমশকৈশদা বায়খোংগী থুমখোংনা খোংএ হায়দনা নিংথৌদা হঙংলৈ। ১৭নি শগোন- সেন্দা নেপ্রমচা শেলুংবা বাকচিংগৈদা থাই। তম্না কৌখংলে। ২৭নি লংমাইজিংদা খুবাই লৈকাইদা থাংজমচা খোনলাংঙম্বনা লাইরিক য়েংবমচা ১ য়ৈ হায়দুনা য়োংহিং চল্লে। ২৮নি নিংথৌকাবদা চিজোম্দগী কৈ তাপ্লে। য়েনলাংবমচা ১ কৈনা শোক্তুনা শিএ। কৈদি ফাদে। থাশি নোং ইমশ- কৈশদা ইবুংশিজ খাইবাকপনা লৈশাংখোংদা লাই খুরুম্বা চংলে। নিংখেম মচাশিংনদি মবুথো স্না মহীনে মবুথো পাখংবনে লাই ২নচিংবা উমং লাই থিবিকপু খুকমহৈদে হায়না মঙদি নিংথৌ ওইগে তৌবনে হায়না লাংঙখেন্দা লোই থাই। য়ুমনাম লুচোম্দি নিংঙেন্দা থাইএ। ইঙেন থাদি শগোমশেলনা হল্লে। অপ্রোদগী কৈ ১ কারকএ। ২নি ঈরাইদা কাং হৌএ। কাংখোং

ফায়দনা লোংজাম্বা উরুং পুরেনবু দন্দি তৌএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা লোংজমচা লম্বা পোৎশংবমচা হুরবা ১, ২মানা সাহেপ্তা দরবার তৌবা চৎলে। ৭নি ইমশকৈশদা লাম্মীদা থম্বা লুপৈশহাও চেনখিএ। ৯নি ঈরাইদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা লুপৈশহাও চেনখিববু থোংজাই হাওনা হাৎলে। লৈকাই ৪মম্লুং থুলাই লাইহৌনা মী য়াম্না শিএ। ২৯নি ইমশ-কৈশদা ইবুংশি নাওলসিংগা নিংথৌশেম্বা য়াউরুবম্লুং মঙাই মশেল শাগৈদা থাইএ। থাশি নোং ঈরাইদা ইবুংশিজ থ্বাইরাকপা কৌথৎলে। থৌরাল থাদি থাডজনা হল্লে। ৫নি লৈপাকপোকপদা মহাবলীগী উ ১ তেকএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা থৌরানগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি ইমশকৈশদা থবান মিচাক মনৈ শানবা অমা থোকএ। লাংবন থাদি লংমাইচিংনা হল্লে। মহাবলিগী উ ১ তেকএ। ৪নি ইমশকৈশদা ময়াং ইম্ফালদগী কৈ ৩ ফাই। ৬নি ঈবাইদা ঈশিং য়াম্না চাওএ। মংনাওতা নমথাইএ। কোম্লুং থুমএ, পাথংবম্লুং থুমএ। মথা মায়কৈদা লৌ, ফৌ শিএ। ১৪নি ঈবাইদা লাংবনগী নংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি মিংথৌকাবদা লাইরেম্মা হুইদোন পোকপীগী বা থোকএ। য়োইরেনবম তাবা সিফাইনা মহাবাজদা হঙৎলৈএ। লাইরেম্মা হুইদোম পোকপীদা তাওবুংথোক তাবা থুরাইজম্মা লাই হাপডৈগী মথেবু মীশি মীনা তোয়রে। লুপ্রা পাপ্রাবু য়ামএ হায়না হঙৎলে। মহাবাজনা মকু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনে মপাই ইবুংঙো নোংথোনবা ২মদা হায়দোকএ। মাইবশভদা পণ্ডিৎশিংনা কৌথৎতনা থিনৌও। থুবাইজম কুংগা ৫স্থু কৌ-থৎলে। থাইনগী থুন্দা লৈরমবা অহল লম্মনম্বু বৌথত্তু্না থিনৈএ, থাইনগী লাই য়ারম্বদি ২দনে হায়না। অহানবা লাইদি তাওবুংথোক তাবা থুবাইজম্মা পুথিরে — লাইরেম্মা হুইদোম পোকপীদি য়োইরেম্বম তাবা থুরাইজননা থাইনগী মথে তৌরকএ হায়দনা থুরাইজম শংকুবা শঙলাকপা ৫াওবদা পীথিএ। তাওবুংথোক তাবা থুবাইজমদি য়াওদরে। ১৮নি লৈপাকপোকপদা নাহারুপ, অহল্লুপ হিরাং শাম্রবদা য়ৈনৈ। অহল্লুপনা লাল্লে হায়দনা মহারাজদা য়াকোংএ। ১৯নি ইমশকৈশদা লৈশাংথোংদা সনবামচা ১ থৌদামচা ১ — ২ মা কৈনা শোকএ। কৈদি ফাবা ঙমদে। ২৭নি ঈরাইদা কৈরুংবা ৪ মকন-চিংদনা দোলানগী উ য়ানবা চৎলে। মথামম হি য়ানবদা চশাং হাওবু ঙাওরে হায়দনা য়ুম্নামচা হাওবী ম্নবিদায়না হাও তাইবম্লুং চৎখিএ। য়েনথোমচা পহিলাম্বু থুজিংথা নিংথৌবু কৌথবা চৎলে। মেরা থাদি

শিংথোকাবনা হল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদা লাইয়িংথৌ থোরিকাবগী উ ১ তুইএ। অহু ভুমিত্তা হরাইবমচা শগোনশেনবা হিদংস্থং অহিং অহুদা মংঙাক্লহুনা শিএ। ১০নি ইমশকৈশদা কাক যাত্রাদা শামু ১ ঙাওহুনা চিরোমচা নাহারুপ লাকপবু শামুদগী তাহুনা মখাং শোকএ। ১৫নি লংমাইজিংদা মেরা থাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। য়েনখোমচা পহিলাম্বা খুজিংথা নিংথৌবু কৌরুবদা মপাদি পুরক্লে, মচা পুহুনা লাকএ। মপাদি লাক্লে মচাদি কদোনথা পুরকপমো হায়বদা য়ুম্লামচা পহিলানা খুজিংথা নিংথৌবু অমুক কৌথবা চৎলে। ৩নি ঈরাইদা থবানমিচাক ১মা থাগী মচিদা নপএ। ৪নি থাঙজদা থবানমিচাক ১মা থাদা চঙএ। ১৩নি লংমাইজিংদা ইমনামচা লিলাসিংগী মকোকপু হাংনা পুরকএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা ক্যামগৈদা বামোন কম্বা মেজোরনা বাস শাম্লএ। ডাকপদা নোংমৈ কাপ্লদা পোকখাইহুনা ওইনামচা—অওন্দার শিএ। বামোন মেজোবদি দন্দি তৌএ। শঙাশঙ্গ মবেন লুরাংনিংথৌ মমা শিএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা চিংঙাখমচা মবাই ইবুংঙো নোংথোনবামচিংনা খুজিংথা নিংথৌ ফাবা চৎলে। পোয়ম্বু থাদি শগোলসেম্বা হল্লে। ১০নি থাঙজদা সাহেপনা পীরকপা নোংমৈ হিদাকপু পূৎকাপ ফাদে হায়হুনা লাইত্রবা গোবিন্দ স্তুবিদারনাচিংনা থিলজিনবা চঙএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা[1] থোদানী অহল অঙোম চহুনা মচা ইবুংঙো পোকএ। ১৪নি ইমশকৈশদা লৈশাংথেমচা খাথম হাজারী শিএ। ১৫নি শগোনসেম্বা পোয়ম্বুগী সংক্রান্তি হৌএ। মীরৈবাক্তগী গনন্দানা গ্রহণ তৌগনি হায়য়ে। মণিপুরগী পণ্ডিৎনদি তৌরোই হায়য়ে, তৌথিদে ইবুংশিজ শামু কঙ্গবম্ গংগা চৎপাস্থং য়োদনা হল্লকএ। ১৭নি থাঙজদা সাহেপ লম্বেল শেম্বা চৎলে। ১৮নি লংমাইজিংদা তোংরমচা শঙলেন লাকপা শিএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা মবাই ইবুংঙো নোংথোনবমা খুজিংথা নিংথৌবু কাহুনা সাহেপ্তা পীরুবা থুংলৈ। বাকচিং থাদি থাঙজনা হল্লে। থাংমৈবন্দগী মী ১ মচা পোকপদা মখোং ৪ মখুৎ ৪ পাম্বা পোকএ। তন্না শিএ। ৩নি নিংথৌবাবদা লাইত্রবা গোবিন্দ নোংমৈ হিদাক থিনজিন্নবা থুংলৈ। অম্ব ভুমিত্তা থুংথিন্দা থবানমিচাকপু থোকয়ে। ১৪নি ঈরাইদা বাকচৌংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি থাঙজদা শনজিরানা হাওগা মাগহুনা শনবু হুই হায়হুনা কৈথেম্দা য়ৈএ।

[1] তাং ১০। ১২। ১৮৫৩ ইং

১৯নি ইয়শকৈশদা ইবেম্মা অতোম চন্থনা পোকপা মচা ইবুংঙো অতোম্বা শিএ। ২৭মি শগোনসেন্দা সাহেপনা ময়াংলম্বী শেমজুবা হয়কএ। কাইখেন থাদি লংমাইজিংনা হল্লে। ৮মি লংমাইজিংদা অবাংলম মোনজুখুল মাবা ময়াক্তু সেনাপতিনাচিংনা সিপাই ১০০০ চংলি। ১৩নি থাওজদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হোৌএ। ১৫নি নিংথৌবানদা পোৎশংবা হক্তবা বোম্মা সাহেপ্তা দরবার তৌরবা থুংলৈএ। ২৫নি ইয়শকৈশদা খোইবেং হাংনা কৈ অমা কাবকএ। অহু হুমিত্তা হৈবোক লোমদস্তুং শামু অমা কাবকএ। থাদি-নোং নিংথৌকাবদা মংনাওভাদা থমলৈ। লমতা থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৮নি লৈপাকপোকপদা সেনাপতিনা মোনজুখুল নাকবা থুংলৈ। লোইপোংতি শামু ময়া ১ নাই ২ নোংমৈ ৩ তা ৩ থাং ৭ ফিবাংজি ময়া লুপা-নচিংবা লোই হাবকএ। হয়কপদা মথালনে মথন হাওখুন ২মা অসিবু থুগাইরবএ লান যাম্না কায়এ। য়ুম্বংমচা অওপার শিএ। ১০নি শগোন-সেন্দা গোবিন্দজীগী মোপান মতৌন ইবুংঙোনা শারম্ববু নোংবু হুবে হাবহুনা মহংবাজনা অমুক শেমহৌববু লোইহুনা শঙগাইবে। নিংথেমগী গুরুগী মতু মহা শিরে। থৌবানীস্তুং থুংলএ। ১০নি থাওজদা হাওবম ১ বাংখৈ ১ তোবনামোই ১ শোইরেনশংবম ১ নোংথোনবম ১ লাইপু ১ মাখোয় ৬মানা বামোন পণ্ডিথাগী শঙন তৌবদা ফত্তনা কৈথেল্দা শগাই শাহুনা যৈএ। অহুগা অবারোমদা থাক্তিনশিবে। ১৪নি নিংথৌকাবদা লমতা থাগী সংক্রান্তি হোৌএ। থানিন যাওশং শাম্নন্দা চাইরেন্দা মী ১ শিএ। ১৬নি ইয়শকৈশদা কোকচাইদা নিংথেম্না কৈ ওানপা চংলে। মহারাজনা নোংমৈনা কৈ অমা কাযরে। ১৮নি ঈরাইদা মহারাজ কংভৈ শাম্নএ মহাশয় থৌরানীবু কুমৈ য়েংহল্লে। ২১নি নিংথৌকাবদা চকপা বৈরোযদা শঙন তৌবনা শবোং-থাইবম ১ ভানা থিন্দুনা শিএ। শক্তিখু থাদি ইয়শকৈশনা হল্লে। ৫নি লংমাইজিংদা মমা শিজনা শেকমাইজিন্দা লাইথুরম্বা চংলে। অহু হুমিংতা অহিংদা থবামমিচাক মমৈ পানবস্তুং থোবএ। ৯নি শগোনসেন্দা বামোন মেজোবনে নামৈবাকপা মেজোনবনে ২মানচিংহুনা সিপাই ৬০০ লোযনমা লাল চংলে। ১১নি লংমাইজিংদা মহারাজনা নোংমাইচিংদা লাইথুরম্বা চংলে। অহিং ১ লেজুনা যজ্ঞ তৌএ। ১৪নি ইয়শকৈশদা বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। থোবিথুন চাওবগী কুম শক ১৭৭৬। ১৫নি শগোনসেন্দা শক্তিফুংগি পালোক ওইএ। ২৪নি থাওজদা মহাশয় থৌবানী চঙথিএ। কালেন

থাদি ঈরাইনা হল্লে। শ্রীমমাশিঙ মৈতৈলৈমা পোংলেন খোম্বিপা শ্রীযুক্ত মহারাজগা তান্নহুনা মৈতৈ লৈপাকপু চহী ৭ তনা কান্নবগী থাইনগী মবু-ধোম্বিংনা থমলম্বা মৈহৌরোলোনবু লাল্লে হাযহুনা মবুখৌ নোংশাবদা শিনহৌএ। ২নি থাঙজদা থামোন মেজোর ১ নাচৈরাকপম মেজোর ২মানা ভাংথুন অমাং হাও নারুবা থুংলৈ লালমুং ১০ ফারকএ। ৭নি শগোনসেন্দা গোষাই থাগী চঙখিরে। থানিন নোং ঈরাইদা থা শানা ফংএ। ১৬নি থাঙজদা কালেন থাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি থাঙজদা নাওরেমগী পিবা মথং মুন্নৈএ। সিফাই থনবনা চুমএ। ২৭নি লংমাইজিংদা য়ুহারাই। কৌগাকচাংগী ইরেংবমসু মবেন লৈমবু মুন্নহুনা ফুন্দা ২ থোকখিয়ে। মৈহৌব লোনসু থাইনৈএ। অচোইবা মোইরাং নিংথৌমচা মচিন মনাংসু পিবা মুন্নৈয়ে। ময়াম্বা অমুনা চুমএ। অচোইবা ইরাবস্তুদি য়ুমথাইখিযে। লৌক্রাকপমসুং লৈমা মচাগা আরাম মচাগা ২মা পিবা মুন্নৈএ। শেমচানা ডমএ। থাগি নোং ঈরাইদা থাগেম পল্লিদা থকী তেন্না পান্দুনা শন মগী মচা ২মু শিএ। ১না লাইযিংথৌ সনামহীদসু তাই। ইঙা থাদি থাঙজনা হল্লে। ২নি লংমাইজিংদা কৈথেন কায়নৈএ য়ুহারাইএ। ৪নি ইমশকৈশদসু য়ুহারাই। ৬নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ স্না মাঙদা মনাশিঙ য়াংনা পিবা য়ুমবগী বায়েল তৌএ। লাইশুবম লোইব হিদংগা শগোন তোংবগা পিবাদি অবাদা লৈয়ে হায়হুনা মথং মুন্নৈএ। শঙগোইবা হিদ না চুমএ। চান্দমসুং পিবা মুন্নৈএ। মাইবা থনবা ফুংগানা ইবেন শিজ মচানি হায়দনা ডমজেএ। লাইগ্রমসুং শিজ মচাগা পানা হাজারীগা মুন্নৈ। ফুংকা ২মা কায়নৈএ। মুমলেন্দি শিজ-মচানা ওই। ময়েংবমসুং কবর। তা-াগা লোবলাংবুং তাবগা ২মা থংনৈএ। ককবা তাবনা চুময়ে। নাবেংবমসুং নিংথৌশেনবা ফু গাগা শগোলতোংবা ফুংগাগা ২মক মুন্নৈএ। নিংথৌশেনবগী ফুংগানা চুমএ। কৈথেনসুং কায়নৈএ। অঙোম নিংথৌ ময়ুমনা অঙোম পাচহনবগী ফু গাবু য়ুমদাগ্রে হায়। গ্রথোয়দি য়ুম ভাঙ্গিয়ে হায়দনা পালোন পুলোন থানবদা য়ুমদাদরিয়ে। পাঙনমসুং পিবা ফুংগানা পঙ্তিং ফুংগাদা থোগী লৈয়ে হায়দনা খিনববু লৈবমদে পিবানা লাল্লে হায়রনা বাকোংএ। ১৯নি ইমশকৈশদা ইংঙা থাগী সংক্রান্তি হৌএ। থাইথোম ষুবিদারগী ফুংগানে তো, অহনগী ফুংগানে ফুংগা ২মগী পিবাদি মরাংদা লৈয়ে মথং মুন্নবদা স্না য়াথংবু হায়দোক্তনা ফুংজেংদা ইরুপনৈএ। ষুবিদারনা চুমএ। থৌদামসুং নিংথৌশেনবাগা, কৈজংবা থনবগা ফুংগা ২মা

পিবা মুৎখিয়ে। নিংথৌশেনবনা চুমএ। মথংদি পাচা চংপনে। ২০নি শগোনশেন্দা য়ুম দাকি য়ৌনা য়োং ১ চোংলক্তএ। থাঙজম নাওশোমমরুং পিবাবু মুৎখি। নন্দনা চুমএ। খুরাইজম তাওবুংখোক তাবগা য়োইহেনবম তাবগা ২মা লাই মুৎখি। য়ুবেনবম তাবনা ওমখৈরে। চুংথামসুং য়ুমথাইনৈ, পিবা ২ থোকএ, লাইফু থাইনৈএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা কুমহুনা শঙাইরোদা কৈ অমা কায়। ইঙেল থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। থাউ-রোইজমসুং পিবা মুৎখিএ। শগোল তোংবনা চুনএ। হুরানবা ১ অরা লমদা থাজিনথিববু চেক্রকই হায়ত্তুনা পল্লেল ওইহল্লে। বাংখৈ মৈরাবদি ময়াংলমদা চেনখিববু নোংঙাই হাওনা মকুরোমশী নাই ৭কা ফারকএ। ২নি লৈপাক-পোকপদা কাং হৌএ। শিংজমৈদা বামোন ১না কাং চিংবদা থেংনহুনা য়ৈনৈরে। ব্রাহ্মণ ১দি লৈশাংখোংদা থাই, ব্রাহ্মণ ১না কাক্‌চিংগেদা থাই। মৈতৈ মচাশিংদি য়ৈহুনা থাদোকএ। ৪নি শগোনসেম্বা ব্রাহ্মণ হঙবা রামানন্দ শিএ। ৬নি থাঙজদা য়ুমজাওদা ঈ তাই। ১১নি শগোনসেম্বা লাংখোংদা হংঙোই য়াম্না চোংশিল্লকয়ে। ১২নি থাঙজদা মহারাজনা হাওতন্দা কুমহুনা কৈ অমা কায়। ১৫নি নিংথৌকাবদা ওনাম থাংদোইনা অথোকপা অপানবা শঙলাকপশী নোংমৈবু হুই হায়হুনা বাংনরেম্বা বৎতুনা ভাবু নিংমৈয়ে। ১৭নি ইমশকৈশদা ইরেংবম ফুংগা অতোনবা গংগা চঙবা ফুংগাগা, কৈরোই লাকপা ফুংগাগা ২মনা অহল মুৎখি। গংগা চঙবা ফুংগানা চুমএ। ২১নি থাঙজদা ইংঙেল থাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি লংমাইচিংদা মহারাজনা শগোল ময়াং কংহল্লে হায়হুনা শারুংবা পুরমকপু শঙলেম্বা থাই। ২৫নি ইমশকৈশদা অতোম ফুবাম্রা তানবু তখেল পু মৈবনি হায়হুনা স্না মাংদা বিচার তৌনৈ। অতোমদি ওইরমদে। অতোমদা পকলকপদি তথেনবশ-রামশী ফুংগাদি পুংমৈবা ওইরমএ। পিবাদি পুর্ণনে। থবাল থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। ২নি শগোনসেন্দা কৈথেন্দা য়ুংলম্বা নুংবু লাই নোংশাবদা পুশিন্নবরু ভা তাঙলে হায়হুনা ১রক কৈথেন্দাবু সুংএ। ৩নি ঈরাইদা লাইবিকয়েংবম ললহাম্বগা লফোইবা হঙবা ২মা গোত্রগী খংনৈএ। লফোইবনা অনিমান গোত্রনি হায় ললহাম্বনা খুমএ মমাঙচৈদি চংলমএ। মহারাজতোন হাকতকী মথৈদি গৌতুম গোত্র চংলি হায়। ললহাম্বনা ওমএ। শ্রীগোবিন্দজীদা স্না কৎলে। মহারাজদা ব্রাহ্মণ সভাদস্ রাথৈএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা নামৈরাকপম বলরামমনা মচা বোলাসিংহবু ইচা নত্তে হায়য়ে। মরি থিমবদা মচা ওইরমএ।

চুর্গাসিংনা ঙমখৈএ। ৮নি ইমশকৈশদা নোং চুদে হায়দুনা শ্রীগোবিন্দজী মথৈ মনাওমা কাওজৈবুদো পুখোকএ। কৈথেন্দা শেল চাই। ১০মি ঈরাইদা উচেক্কোন্দা কৈ ১ কায়। পুকশ্রিনা যৌ চিকথেকএ। ১১নি থাওজদা লাইরম ১০৮মা তুনা তুলোন শাম্নি। তুলোন্দা লাই যাওবা মখেমুং অত্থৈগী মখৈ থোঔএ। ১৬নি ইমশকৈশদা মোংশাংগৈদা লমশন ১ লাক্নুনা কায়এ। ১৯নি থাওজদা মযাংলমদা মী ৫ চেনখিবগু সাহেপমা কাহুনা পীথোক্লকপবু ওইনানলোং থানাদগী রাজেংবা সুবিদার, লৈমপোকপা জোমান্দার ২মানা চেনহনখিযে হায়দুনা মহারাজগী মা মাওদা যৌদুনা কৈথেন্দা থুজোইনৈএ। ২৩নি ইমশকৈশদা থবালগী সংক্রান্তি থোঔএ। ২৪নি শগোনসেন্দা থাইরম্বন থেংগোকএ। ২৬নি থাওজদা অখোকপমদগী কৈ ৩ কায়এ। থাশি নোং মুত্তশৈকদা লুশৈ হাওনা গুগ্গু থুগাই হায়দুনা লাল তানবা চংলে। নিংথৌখংজা মেজোবগী শগোনহ্ন কাওজে নাবদা শিএ। লাংবম থা শগোলা সলনা হল্লে। ৫নি নিংথৌকাবদা যুচাবাই। ৬নি লৈপাকপোকপদা অপোইডর নাহাকপ লাকপগী যুংগা যুমথাই। ১৩নি লৈপাকপোকপদা উচেকশান্দা খোইসাম মাইবা খনবগী মতুং অহিং মুম নমদুনা শামু ভবমিনা চংলে। ১৭নি ঈরাইদা ইমনাম মচা হাওবিজম খোনলাং ২মা চংলে। ২০নি নিংথৌকাবদা হিযাং তান্নে। কাংক্রমগী থা থোক্নুনা শেলুংবা ৪মা লোই থাই। হাও অযোকপা শংশারোই ২মা মহারাজনা হিযাং তান্নহনএ। ২৪মি থাওজদা লাংবনগী সংক্রান্তি থোঔএ। যুহারাইএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা যুম্ন'ম নিংথৌজম পিবা যুম্নে। অওাং অতোননে, জিখামন্দোমে ১মা পিবা ২ থোকএ। থোঙ্গীদোক্তগী কৈ ১মুং কাযএ। মেরা থাদি থাওজনা হল্লে। ১০নি নোংমাইজিংদা কাকশওদা উবোক তোংএ। ১৭নি মোংমাইজিংদা নিংথেম মযাংওম্বা মচা যুবরাজ মচা থাইম্বাকপা মচীন মনাও ইবুংশি কৈরাবা মপা মচা ওমা ইবুংশি শামু হঙবা মথোম্ন ৭মনা নিংথৌ শেমগে তৌরমএ হায়দুনা মযাংলোমদা থাজিনখিএ। ইবুংশি কৈবাবদি মযাংদা শিএ। ২১নি শগোনসেন্দা লৈশাংথোংদা ছইরেম ১ কৈনা রাই। কৈ ৪ কায়এ। যুহান্নুং হাই। ২৫নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি থোঔএ। মুংজেংগী ঈশিংমুং ঈঙম ঙাওএ। ২৮নি শগোনসেন্দা লুশৈ হাওনা মোইবাংগী মথক্তগী মালক্তক থুগাইএ। মহারাজনা লাম তানবা চংলে। অহিং ১ লেকলমএ থাজচীং নিংথৌমুং থুকমলকএ। হিয়াঙৈ থাদি নোংমাইজিংনা

হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা নাহারুপমাং ফাংতুনা পানা ৪মা চেক শাই। কৌক্রক্তা চেকশীং যানবস্থং চৎলে। ৮নি লংমাইজিংদা অথাম্বচা শঙলেন লাকপা শিএ। থানিন নোং থাঙজদা থা শানা কংএ সাহেবস্থং ময়াংদা শগোল কাঙজৈ শান্নবা চৎলে। ২১নি ঈরাইদা মাইস্লাম অহল্লুপ লাকপা গংগা চঙএ। হুইদ্রোম ভাষ্কর শাবস্থং মচিন মনাও শিবা মুম্নে। নাহা অহন থংনৈয়ে ময়াম্বমা ঙমএ। ২৫নি ইমশকৈশদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোযহু থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। খাইরম্বন শাগদবগী মাইবা মাইবী পুম্নমক্কা লৈপাক নিংথৌ চুপলেন মাইকৈ ৪মস্থং মহারাজনা কমহুনা লাঙহল্লে। ১০নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজ মাওনা চেকী থোংশাবা হৌএ। লোংজমচা থবমসিং উকং পুরেলনাচিংনা লৈকাই লানমী শংশাবোই ৩বু থুং ওইননা শাহল্লে। থোংথোংদস্থং শেল চাই। ১২নি ঈরাইদা লাই কৌক্রনা নোংমৈ থাইএ। ২০নি থাঙজদা যুহারাইএ। ২৫নি ঈরাইদা পোযহুগী সংক্রান্তি হৌএ। বাকচিং থাদি ইমশকৈশনা হুনএ। লুশৈ হাওনা চশাৎ থুগাইরে হাযতুনা ইবুংশি সেনাপতি মবাই ইবুংঙো নোংথোনবা হাঙবমচা মেজোর ৩মনচিংনা লাল তানবা শাল্লে। ৮নি ইমশকৈশদা লাল ভানবা থুংলৈএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা মযাংদা শগোল কাঙজৈ শান্নকবা থুংলৈএ। ১৬নি শগোলসেন্দা থাংগং শাবা কুমারনা নিংথেমচা থুবাই লাকপনে হাযনা বাংথৈ লৈকাইদা নিংথৌ ৩ইগে তৌরমএ। যাদি হাংথোকলে, বাংথোনবীদা য়াল্লে। যাওবা মী ত্রাঙ্কোন্দি দন্দি তৌএ। মৈতৈ ক্ষেত্রি অমা অযোকপা ১২ মাসি শুগ্ন্দা থাইএ। ২৫নি থাঙজদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ফাইবেন থা ঈরাইনা হল্লে। ১২নি নিংথৌকাবদা ভিক্তোরিয়াগা তুলি নাহাগা কাঙজৈ শান্নেএ। মেপ্রমচা জোমান্দার মকোক শোকএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা লাইমেন শক্তিগী কৈ ৩ ফাবকএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লুশৈ হাও কমফাই। লমতা থাদি থাঙজনা হল্লে। মোইরাংথোমদা চিংঙাথমগী নাই ১ মীনা হাংতুনা শিএ। ২নি নোংমাইজিংদা বাংথৈ লৈকাইদগী কৈ ১ ফাবকএ। ১০নি নিংথৌকাবদা থৌরাণী চোংথাম চন্দ্র মচা ইবুংঙো পোকএ[১]। ১৩নি শগোনসেন্দা চাইরেন্দগী কৈ অমা ফাবকএ। ২১নি ঈরাইদা থৌরাণী অতোম চন্দ্রনা পোকপা মচাশিজ নাহৎলে। ২৫নি লৈপাকপোকপদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ।

১। মচা ইবুংঙো কুলচন্দ্র তাং ২৬। ২। ১৮৫০ ইংদা পোকই।

২৭নি শগোনসেন্দা চুংখামগী লাই অপোকপা থাইনৈএ। থাশি লংমাইজিংদা লাংথবান কোম্বুংগী মেগজিং কুকপদা যুম্নামচা লৈকাই থনবা ১ শিএ। শজিবু থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৬নি থাঙজদা শগোনমমাংদগী পুরুম হাওনা কৈ অমা কায়রকএ। ৮নি নিংথৌকাবদা কংলা ময়াইপুং তিংএ। ১০নি ইমশকৈশদা[১] নিংথেমনা গোবিন্দজী পুথোক্তুনা লৈপাক পুম্নমকা চেকী থোঙ হোংএ। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্নমক্তা ময়া লুপা দান তৌএ। শেল যাম্না চাই। ২৩নি লৈপাকপোকপদা থৌরাণী অঙোম চম্থ মচা ইবুংঙো পোকএ। ২৫নি শগোনসেন্দা বিষুব সংক্রান্তি ওই। সেকমাই দেবান্দগী কুম শক ১৭৭৭। ২৭নি ঈবাইদা শজিফুগী পালোক ওই। কালেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। থাথোংদা শজি অমা কায়। ৪নি ঈবাইদা মহারাজ মোংবিচিংদা চা য়েংবা চংলে। ১৩নি নিংথৌকাবদা দোলাই যুকতঙম্বা হৌএ। থানিন নোং ইমশকৈশদা নিংথেম তোনগী মচা নদিয়াচান্দ ময়াংদগী থুংলৈ। ১৬নি শগোনসেন্দা মৈদি ভ্ থাংবি লাম্ভাবগী ঈ শোয়ান্থ যুমজাও নাওদাদা তিনহল্লে। ২৪নি শগোনসেন্দা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগী শজোম শন ১না মচা মমৈ পান্দবা মথোংকোনবা অমা পোকএ। কৈনৌদম্বুং থ্বাইবাকপম ১ ইরোইনা বাইহুনা শিএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থা শগোনসেন্না হল্লে। ২নি ঈবাইদা মৈহৌবরোল তিনশিল্লে। ৬নি লৈপাকপোকপদা মহাবলিগী উ ১ তেকএ। ৮নি শগোনসেন্দা শহোংগী চুপ তাওথোকএ। ১৪নি ইমশকৈশদা থৌবানী অঙোম চনুনা পোকপা মচা ইবুংঙো শিএ। থানিন নোং শগোনসেলদা লুশৈ হাও কম কাই। ২৬নি লংমাইজিংদা চিংডাখম্বচা ১না লৈতুম হনবদা শাইথোম মচা ১ শিএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা ককচীং বুধিরাজ পুনশিবু মথুলনা মী কত্তবনি হায়না মযুম শিদোকএ। মথুন ১ হোংদোক্তুনা লৈহল্লে। থাশি নোং শগোনসেন্দা ইংগাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থা ঈবাইনা হল্লে। অহ্ সুমিত্তা ভাংগম্বদা মমানা পুহুনা মাংখিদবা য়োইরেনথম গৌরোসিং মপামচা ওমাবু লোইসা কমেংদা লৈরম্ববু মন্ত্রী থিনবদা মহারাজনা মবাই ইবুংঙো চিংডাখমচা নোংথোনবদা হায়দোক্তুনা লোইকমদগী পুথংপীএ। ১৬নি থাঙজদা পোংশংবম মেজোর ফুংগাগা লৈমনাই হিদং ফুংগা ২মা ভমথং যুমৈএ। হিদং ফুংগানা ভমথিএ। লামশোম্বী কৈফমদম্বুং নিংথেম পোকপা লাকইম মম্বুংদগী উ মশা

১। তাং ২৮। ৩। ১৮৫৫

১ তেকএ হায়দনা মাইবী মাইবা কুমন্থুনা ইরাৎ থৌনিএ। ১৭নি ঈরাইদা মুংজেং মপানগী মবুধৌ পাথংবা থংবারোমদা শগোল ১ মন্থু থক্তুনা ঈ ওন্থুনা শিএ। ইঙেন থা লংমাইচিংনা হৌ। ১মা নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি অহল ওই। ইঙেন থা ২ শুই। মলমাস ওই। ৬নি ঈরাইদা মহারাজনা কোংথাম চন্থু পুথংতুনা লুহোংএ। কপুই হাওস্থু থাংগবাংতা মখুলগী খুলবু মুম্বগী ঈরুপনৈএ। ৭নি থাঙজদা ইবুংশি পাজহনবা উপেন্দ্রসিং শিএ। খুজিংথা হাওনা অতাংখুল হাংলে হায়দনা মন্নি থিববু য়ুম্নাম পোইলানা হাংলে হায়ন্থুনা মকম থাইএ। হাওয়ামদি স্না কৈথেলদা য়ৈএ। ৮নি লংমাইচিংদা চকপা লৈত্রামদা চোথে মুংচোংবা পোকএ হায়ন্থুনা হংগংলৈএ। ১১নি ইমশকৈশদা[1] পৈথোপ হৌএ। ২৩নি লংমাইচিংদা ফৌত্রনা নোংমৈ থাই নোংশাবদস্থু ঈ তাই। থবান থা লৈপাকপোকপনা হৌ। ৩নি শগোনসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ৯নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ স্না থাথং মবাই ইবুংঙো চিংঙাথমচা নোংথোনবদা হাযদোক্তুনা চৈবাপকী নকু ইবুংঙো অঙৌপাম্বনচিংবা অঙম্বা পুন্নমক য়াওনা কোনশম খুৎনাইবদা লৈবা থিংকুজম চিংলাই কমদৌ বসিক, ভগ্য ভয়োসিং কুংগা ৪মা অসি শ্রীরাধাগোবিন্দদা স্না লুপা কম্বুনা ধাবানালা ফাওবা কোয়িদা লাইবিক ইন্থুনা খুংগোক-পীখিএ। ২২নি মিংথৌকাবদা[2] চিংঙাথমদগী শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র পুথংলকএ। লাংবন থাদি ইমশকৈশনা হৌ। কপুই হাওনা শল হাংলি হায়ন্থুনা কৈথেন্দা য়ৈএ। ৩নি ঈশাইদা উচেককোন্দা নিংথেম কুমন্থুনা কৈ ১ ফায়। ৫নি নোংমাইজিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি নিংথৌকাবদা হৈস্নাম অভিগা কুমুদগা ২মা পিথা য়ুম্নৈএ। অভিনা চুমএ। মেরা থা ঈবাইনা হৌ। ৬নি ইমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১১নি নোংমাইজিংদা মোংবা শঙদা ঈ তাই। চশাৎ নিংথৌস্থু হাংলে। ১৩নি লৈপাকপোকপদা থৌবানী ওইনাম চন্থু মচা ইবুংঙো পোকএ[3]। ১৪নি ইমশকৈশদা অহল্লুপ লাইকম তান্নহি থুংলৈ। ১৯নি নিংথৌকাবদা ভেথাওদগী যুবরাজ মমা ওমপাকলৈমা থুংলৈএ। ২২নি শগোলসেন্দা হৈনৌপোক তম্পাককৈদা মুতুম ১না থাংজম ১বু লু হুই হায়ন্থুনা খুনিংমা থিনবদা শিএ। ২৩নি ঈরাইদা নাহৈবাকপা মেঙোব কুংগাগা পাজহনবা কুংগাগা ২মা পিথা য়ুম্নৈ।

১। তাং ২৫। ৭। ১৮৫৫ ২। তাং ৩। ৯। ১৮৫৫ ইং

৩। তাং ২৩। ১০। ১৮৫৫ ইং কার্ত্তিক ৭তা নজা ইবুংঙো বলকীর্ত্তি পোকই।

পাজহনখনা চুমএ। হিযাঙ্গ থাদি ঈবাইনা হল্লে। য়ুহারাইএ। ৩নি নিংথৌকাবদা মযেংবম কবরা ভাবগা লোকলাওবুং ভাবগা ২মা পিবা মুল্লে। লোকলাওবুং ভাবনা চুমএ। যাওবৈবী লৌথিএ। ৭নি ঈবাইদা হিয়াঙ্গেগী সংক্রান্তি হৌএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা শগোলমাংমা কৈ ১ ফাবকএ। ১২নি ইমশকৈশদা লুশৈ হাওনা মহারাজদা শামু মথা ১ কৎলেএ। ১৪নি ঈবাইদা ইবোমচা ১ থাইথোদা লাইনা লৌহুনা শিএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা শেক্তানা কৈ ১ ফাবকএ। ২০নি ইমশকৈশদা হিযাং তাল্লেএ। ২৮নি ঈবাইদা সাহেপ ১ থুংলৈএ। ২৯নি থাঙজদা লুশৈ হাও কম কাইএ। কাহুনা থম্বা হাও অতুগী মতুঙ্গ লাকএ। অকাবা অহু মহারাজনা থাদোকপীখিএ। ৩০নি নংমাইজিংদা লাহোববু সাহেবনা ঙমলে হাযহুনা তোপ ১৫রক কাপএ। পোযম্বু থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৩নি ঈবাইদা পোয়ম্বুগী সংক্রান্তি হৌএ। মহারাজনা সাহেবকা লোযননা কোবচাইদা ঙা চাবা চৎলে। ১০নি লৈপাকপোকপদা অথনবনা থুজিংখা লোই থোবা চৎলে। ১৫নি ঈবাইদা লাইনেম শজিক্তা কৈ ১বু কৈ ৩না চাই হাযহুনা মহারাজনা সাহেপ পুহুনা নৈ৭ ওহু ফাযএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা য়ুহাবাইএ। ১৮নি ইমশকৈশদা চিংঙাথমচা পুগ্রনবা থাইম্নামচা থুমজাওপুবেম্ভচিংনা চন্দ্রথোং তোবা চৎলে। ২০নি ঈবাইদা খৌক্র মতোম্মা মৈ হৌবা উযে। ২১নি থাঙজদা থৌবানী চোংখাম চম্বু মচা ইবুংঙো পোকএ[১]। ২২নি নোংমাইজিংদা হিযাংথাং লাইরেম্বদা শনবি ১০৮গী মখোম যাওনা যজ্ঞ তৌএ। ২৮নি নোংমাইজিংদা মৈস্নাম মেজোর, কোম্বৌ লাইকম লাকপগা ২মা ভুবার শাম্নবগী বা থোক্তুনা লোই থাইএ তম্না কৌখৎলে। বাকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। লেংলেন্দা পাখংবা থোকএ। ৬নি নোংমাইজিংদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা খোইকপোক হাওনা কৈ ১ ফারকএ। ৯নি ইমশকৈশদা অচোইবা বোবচন্দ্রনা মযাংদগী নিংথৌ শেমগে হায়না থুং শেমগে লাকপদা ফারে। মো'জম ১ নোংথোনবম ১। ২মদি অহৈবম খেংনাং কৈদেকপীদা হাংনৈএ। মোইজা স্থবিদাবদি শগোলমাংদা লোই থাইএ। ১১নি ঈবাইদা কাংছজম শাগৈবু যুগ ১গী নিংথৌজানে হায়হুনা মহারাজনা লৈকাই লালমী ইমদিন কোকপীএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা

---

১। ভাং ২৯। ১২। ১৮৫৬ ইং পৌষ ১৫ শনিবার কৃষ্ণা ষষ্ঠী উত্তরফল্গুনী নক্ষত্রদা পানবদা মজা ইবুংঙো টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ (কোইরেং) পোকই।

হুম্বী ১০৮ চাব পীজদুনা মহারাজনা পুনশি লৈনিএ। নাপেৎ হুম্বা মমুমবু মোংবিজমনে হায়দুনা নশুপ থাংহল্লে। কাইরেন থা শগোলশেন্না হল্লে। ৭নি লৈপাকপোকপদা কাইকেন্নগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি ঈরাইদা মমাসিজ চন্দ্রখোং তৌবা চংলে। ২৩নি ঈবাইদা[1] ক্বিংখেম সেকমাই অরাংদা লাইথুরম্বা লৈহেইরে। ২৮নি ইমশকৈশদা[2] নিংথৌখোংজা মেঙ্গোরবু মৈন্নাম্না রৈএ হাযদুনা খোমকৎতুনা চৈবাপ্পা যৈহল্লে। হাওবন মেঙ্গোব, ফিরিংগী সাহেব ২মন্নুং কবোরম হাও নাক্রবা থুংলৈএ। নোংখোনবম মচা ১ম্নুং পাওলগী শগোল হুবা কংদুনা কৈথেল্দা শগাই শাদুনা রৈএ। লমতা থা ঈরাইনা হল্লে। ৩নি লংমাইচিংদা মমাসিজ নিংথৌ পোকপীনাচিংনা লৈপাক পূম্নমক খোং তৌবা শানলে। ৬নি ইমশকৈশদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি ইমশকৈশদা লানশোনবী নিংথেম পোকপদা উ ১ ক্তেকএ। ১৭নি লংমাইজিংদা চন্দ্রখোং লেঙবা লৈহেম্নৈএ। ২০নি ইমশকৈশদা মহারাজ চন্দ্রখোং হুকপা কুমএ। পুংলেন খোং কৌবা ১ চন্দ্রবলহোপ কৌবা ১ খোং ১মা হুকএ। নিংথেন লৈহেম্নবকএ। শজিকু থা লংমাইজিংনা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা ইতমদা মহারাজ কুমদুনা কৈ ২ ফায। ১দি চিংথৈ নিংপৌদা কংলমএ। নিংথেম অহিং ১ লোকএ। ৬নি শগোনশেন্দা মমাসিজ নিং-থৌপোকপীনচিংবা শঙলাব কৈকং পুশ্রন-নোংথোন পূম্নমা খোং তৌবা হল্লকএ। ৭নি ঈরাইদা[3] বিষুব সংক্রান্তি ওই। ককচাং চন্দ্রশ্যামগী কুম শক ১৭৭৮। ৮নি থাঙজদা শজিবুগী পালোক ওই। ১১নি ইমশকৈশদা তেথাওদগী শামু অমোম মোইথেম ১ থুংলৈ। ১৩নি ঈরাইদা অহল্লুপ লোইশঙদা পাথংবগী শুকং কাওএ। মাইবশঙ ভমনা পাথংবা যুকৌএ। পুকমনা শগোলমাংদা লৈএ। ১৮নি ইমশকৈশদা থৌরানী ওইনাম চন্নুনা পোকপী শিজ নাহুৎলে। ববো শোমজোক নাই। ইমনাক ৭ চেনলকএ। ২৯নি থাঙজদা থা লৈথেন্দা লাইরেন ১ ফায়। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা

---

১। তা ১৩। ৩। ১৮৫৬ ইং

২। মেঙ্গোর অমিনা চকিংদা কীর্ত্তোন ঈশৈ শকপা দোলাই তোংদুনা বাজাই খোংদুনা চৎপদা চিঙা মথাদা মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী মমা শিজা কুমদিনি মহারাণীগী মপাম মাইথাব লুরাং নিংথৌগী মপাদা দোলাই তোংদুনা চৎলি কুমথবে হায়দুনা মাইনাম থাঙমু থোরক্তুনা দোলাইনাচিংবা পুদেরবগী বাথোকনি।

৩। তাং ১১। ৪। ১৮৫৬ ইং

হল্লে। ৮নি নিংথৌবাখদা নিংথেম চীংখংখোম্বা মতু থৌরাণী হোংনেমশুবী শিএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইংগা খা ঈমশকৈশনা হল্লে। ১০নি ঈরাইদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থাদি শগোনসেনা হল্লে। ১২নি লৈপাকপোকপদা ইংগেলগী সংক্রান্তি হৌএ। শ্রীরামচন্দ্র প্রভূগী পাম্বোম মকদা খুদম থোকএ। ১৬নি ঈরাইদা স্না খুরাইরাকপা মনাও পুকচত্তু্না শিএ। মীয়ামদি পুক খরা চৎলে। ১৮নি নোংমাইজিংদা মহারাজনা শগোনখন্দা ওক তানখা লেংএ। কাদেয়ে। ২৩নি ঈবাইদা পাচ লোইশঙদা পাখংবা শুরুং কাওএ। থবান থাদি ঈরাইনা হল্লে। ৩নি নিংথৌকাখদা শগোলমাংদা কৈ ১ কায়রকএ। ১৪নি ঈরাইদা থবালগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা অবা নিংথৌনা মহাবাজদা স্নাগী সাবল কৎলকএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা য়ুহারাইএ। ২৩নি থাঙজদা লাইয়িংথৌ খোংনি কাবদা তাবা সিফাইগা, লাইরেম্বা চংনিং লৈমদা তাবা সিফাইগা ২মা হবাওবগী থৎনৈএ। স্না য়াখং থিনবদা থোঙ্গিক্কাবনা চুমএ। লমদি শাকং চিংজেংগী মখ য়েন্নৈএ। ২৪নি নোংমাইজিংদা তেথাওদগী যুবরাজ খোংশাংবগী মতু থুংলৈ। ২৭নি ঈমশকৈশদা কোংবা ইরাংকমদা নিংথেম কুমহূনা কৈ ১ কায়এ। বায়েনবমচা শুনচান্দ কৈনা লোক্তু্না শিএ। লাংবন থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা শিথোংগী বাই-খুবোক্তা কাঙ্গ্রাপোকপী লৈকিনখৈ। ইঙৌরোক তুরেল থিংকৎলে মাইবা শঙনা থৌনিএ। ৫নি শগোনসেন্দা লুনাও তাইএ। নৌরুংবা লোইতোংবা জাত্রা শিএ। ১৩নি ঈরাইদা অরাংলমদগী লমওক অমোম ১না কংলা ময়াই খাইনা চেল্লক্তু্না খা থোং মচিন্দা কায়। ১৬নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি ঈরাইদা নোংহুমশঙদা হুইমচা ৬ পোকএ। খামু-শংদম্থ ওকমচা পোকলৈএ। মেরা থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২নি ইমশকৈশদা ওইনাম কুন্দোনচিংনা মী ৬ ময়াংলম চেনখিবা ফারকএ। ৩নি শগোনসেন্দা মহারাজনচিংনা মমাশিজ য়োইবু য়োইহৈ কুমহূনা লিলোংদা কৈ ২ কায়। ১৩নি নোংমাইজিংদা থৌরাণী লুওংশুনা মচাশিজ পোকএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা খা শানা ফংএ। ১৮নি শগোনসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। মহারাজনা উরুপ্তা কুমহূনা কৈ ১ কায়। হিয়াঙৈ থা ইমশকৈশনা হল্লে। ২নি শগোনসেন্দা য়ুহারাই। ১২নি নোংমাইজিংদা থাংজম য়ু-পানবম লোকনাথনা চীংগোন্দা নোংমৈ বম কাপ্পবু পোকথাইরে। মাহোং

৪ন্দুং থোকলকএ। ১৬নি শগোমসেন্দা য়ুহারাইএ। ১৮নি থাঙজদা হিয়াঙ্গেগী সংক্রান্তি হৌএ। থৌবান্দগী কৈ ১ ফারকএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা থাংজবা লোকনাথনা বম ১য়ক শাহ্না শঙাইব্রোদা মহারাজ য়াওনা কাপএ। পোয়মু থাদি ঈরাইনা হল্লে। ৭নি শগোনসেন্দা[1] শ্রীগোবিন্দগী মাঙোপ হৌএ। ১৬নি ঈরাইদা মহারাজনা অকাম হাও নাবা চৎএ। ১৮নি নোংমাইজিংদা পোয়মুগী সংক্রান্তি ওইএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা অকাম হাও নাবা শানলে। ২৬নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম চীং কাযএ। বাকচিং থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। ৬নি ঈরাইদা য়াংযরেম্না নোংমৈ কাপএ। ৭নি থাঙজদা নিংথেমনা লান তাইএ। সিফাই ১৯ নোংমৈনা শোকএ। ১১দি শিএ। চোংথামচা হাজারিনচিংবা মী ৮দি শিদে। হাওনা তব-থায়হ্না ইবানবদা নোংমৈ ২০২নে দোলাই মুকত্ত ঙম্বনে থাং ওকথুল ঙম্বনে স্না চোং শেকশিননচিংবা কোন-লিক, ফিরোন, চাম থক্কবা খৈবিক মাঙহৌএ। ১০নি নিংথৌকাবদা সেকমাইনা কৈ ১ ফাবকএ। ১৮নি লৈ-পাকপোকপদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি নিংথৌবাবদা মহারাজনা অকাম হাও মাক্কবা থুংলৈএ। মী ৩৯ লান্দা শিরকএ। মাথোয অহুগী শোরাং মহাবাজনা শোনবিএ। নোংমৈ থুংলাই চনদোকলম্বশিংদি লাইমেকএ হায়হ্না নোংমৈ ১দা লুপা ২৩ লৌখৎলে। মহারাজগী স্না থৌগাল ফংজবকপা চিরোমমচা পার্থ নাহাকপ লাকপা হাওবমচা বিনে'দো মেঙ্গোব ২মাদি থাংবন[2] পীএ। লোংজাম্বা লোমা পোংশ'বা হজ্জনা, লাইতোনজনচা চন্দ্রসিং ২দি স্না থৌগন ফংজবকপা পুন্নমক্তী মাগী মাগী মৰ্তিক ওকপা য়েংহ্না নিংথৌ ফি স্না খুজি স্নবিক পীএ। কাইবেন থাদি নিংথৌকাবনা হাল্ল। ১১নি শগোনসেন্দা ফিবিংগী সাহেপকা মচা থিমজিনবা চঙএ। ১৭নি ইমশকৈশদা ফাইবেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অঙোম নিংথৌ অমনথা বলমনি জিএ। ২০নি থাঙজদা থোংঙামচা সুবিদারনা নোংমৈ শেনগী বম হৈবা হৌএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা তাকযেল ইরিৎ হাযদনা থিংজিনএ। থাদি নোং লৈপাকপোকপদা[3] শ্রীগোবিন্দগী মাঙোপ শঙকাইএ। লমতা থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। অশ্রোনা ওকগুদগী শগোল অঙৌবা ১ ফারকএ। তম্না মহাবাজদা কংলৈএ। ৩নি ঈরাইদা মচা ইবুংঙো যুবরাজ নাহৎলে।

১। তাং ৪।১২।১৮৫৬ ইং

২। থাংবম—তাংযলোই। ৩। তাং ২৪।২। ১৮৫৭ ইং

১৮নি ঈরাইদা কোজেংবমচা মেজোরনচিংনা ওকথুল থুগাইবা চৎলে। শজিবু থা শগোলসেনলা হল্লে। ২নি ঈবাইদা থা কৈথেল অবাং কৈথেল ২মাঙ্গী অবাং হাওনা থোনবা হোৌএ। কোজেংবমচা মেজোরম্ভুং ওকথুল হাও থুগাইবা থুংলৈএ। ৩নি থাঙজদা ইবুংঙো কম্বাল শিএ। ৫নি নিংথৌকাবদা[১] মোংমৈ ক্পাপহূনা মৈহোৌবরোন ইবা সনা উপু চনশিল্লে। লাইরিক ইবশিংদা ককাংজি ফিদা লৌ পীয়ে। ৭নি ঈমশকৈশদা[২] থাইরম্বন্দা থমলম্বা শ্রীরামচন্দ্র প্রভুবু থাইনগী মফম নিংথেম পুগ্রীদা হোংজিল্লে। কোম্বোজম লাইরেম্মতুং লৌগী ব' থোক্কুনা ময়াং লাংখোংদা য়োৎশিং য়াল্লম্ববু লাইগী লৌম্ব য়াম্বল্লে। লম অসিদি কোকত্তে হায়হূনা স্না য়াথং যুম্নামচা পঙ্গিৎ লৌবেম্বমচা। মাইথ-হিদং ২মা কুমহূনা ময়াং লাংখোংদা য়াল্লম্বা য়োৎশিংবু লৌথোক্কনা হৈক্রুপুংদা থাঙ্গত্তুনা য়াল্লমএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা স্না য়াথং লোংজাম্বা রামানন্দ লাঙ্গোনজমচা হেমোসিং ফোকংবা ২মবু শ্রীযুৎ মহারাজনা অবা নিংথৌদা পাথোন শিকবা থুংলৈ। অবা লাইবাব চিংগুাথম্বা য়াওনা লাকএ। অবা নিংথৌনা মহারাজদা থুদোল পীরকএ। ১৭নি থাঙজদা[৩] বিষুব সংক্রান্তি ওই। লাইশ্রম বলদেবগী কুম শক ১৭৭৯। ১৮নি লংমাইজিংদ। শজিফূগী পালোক ওই। ২৯নি ইমশকৈশদা লোইভাংদগী কৈ অমুবা ১ ফারকএ। কালেন থাদি থাঙজনা হল্লে। ৫নি লৈপাকপোকপদা মুহারাই। ৬নি ইমশকৈশদা অবা লাইবার চিংগুাথম্বা চঙখিএ। ১৪নি শগোনসেন্দা লাইতোম মুবিদারনা নোংমৈ হিদাক লৌরুবা মেগজীং ৫৯ থুংলৈএ। ময়াং থাংঙবোক্লা কৈ ১ ফাবকএ। ১৯নি ইমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি হোৌএ। ২০নি শগোনসেন্দা কাংচুপ খুন্দা সাহেপনা খুল শেম্বা চৎলে। ২১নি ঈরাইদা স্নথোংগী অবাংথংবা থোংহাম পাংতা মোংমৈম্ভুং শেনস্তুং অবামা ফুমলমএ হায়হূনা ভৌহূনা য়েংববু লৈরমদে। চীংমৈবোংদম্ভ্‌ মহারাজনা ষম কাপএ। ইঙা থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। ইরোই মরাই তাই। ফুমস্তুং কাংএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা অঙৌপাম্বা প্রেমথোম্বা শিএ। নোংমাইথেমচা শগোন-শেনবা হিদংবু অঙোম নিংথৌ ওইহল্লে। ২০নি ঈবাইদা কোম্বৌ লাইকম লাকপানচিংনা জুথার শামবগী বা থোক্কুনা ময়াংলমদা থাজিমখিববু লমথাং-লগী হলকএ। ইংঙেল থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ৩দি ইমশকৈশদা মহারাজ

১। তাং ৩০।৩। ১৮৫৭ ইং
২। তাং ১।৪। ১৮৫৭ ইং
৩। তাং ১১।৪। ১৮৫৭ ইং

কুমথুনা মবাই ইবুংঙো চিংডাখমচা নোংখোনবগী ফুরা হোঙএ। ৫নি ঈরাইদা নোংমাইথেমচা অঙোম নিংথৌগা চিংডাখমচা নোংখোমবগী মচাগা লুহোংএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা ককচিংদগী কৈ ১ ফারকএ। ২২নি লৈপাকপোকপদা নোং চুদে কুম কাংঙে হায়দুনা মহারাজগা অঙোম নিংথৌগা ২মানা ছি তোংদুনা নোং লাওএ। ২৪নি ইমশকৈশদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবাল থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। ৪নি থাঙজদা মাইবা ভানগী পুংফম কায়দুনা থৌ-নিএ। শগোনমাঙদগী কৈ ১ ফাবকএ। ৯নি শগোনসেন্দা নিংথেম মমাশিজ য়োইবু য়োইহৈ ষাওনা কোইবেংগৈদা হৈ চানৈএ। ২৭নি লং-মাইজিংদা থবালগী সংক্রান্তি হৌএ। ইবুংশি দোলাইবোই হঙবা শিএ। লাংবন্না শগোনসেন্না হল্লে। ১৮নি নিংথৌকাবদা সিফাই পুন্নমঙগী থন্দুনা কবাজ তৌহল্লে। মৈদিংঙু নোংপোক বাইবং পামহৈবা মহাক থঙা অঙোম নাইনে। প্রেমচন্দ্রদি অহল্লুপ পানা থোকচরে। নব ১ শাজৌ ১ হাওবম ১মা তমক্তি লৈবৌএ। শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ হাকথঙা নোংমাইথেমচা অঙৌপাম্বনা অঙোম নাইনে ছাযদুনা হৌরকএ স্নামাংদ বিচাব তৌনবু মেপ্রম ফকিলানা চুমএ হায়না মহারাজনা যেনবিখিএ। ২৩নি ঈরাইদা চন্দ্রখোং শরোংথাইবনা পানা থোক্তুনা লাইফমগী কাংজৈরোইদা যাওববু নিংথেমনা লাইফমগী শঙলাক কৈরুংবা পুন্নমফপু লোই থাইএ। ২৮নি ইমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। থাশি নোং ঈরাইদা[1] মুমিং শানা বংএ। মেরা থাদি থাঙজনা হল্লে। ১০নি নিংথৌকাবদা কাব যাত্রা মুমিঙা চথাবগী খোংনাং মশা ১ তেকএ। শঙদমু লংজা তোংএ। নোংমৈ হিদাক-চিংবা ইরোইমুং মথোং তেকএ। যুহামুং হাই। মৌকা লিলাগী হিমুং লাকএ। নিংথেমঙ্গবী পুন্নাগা ইমলেনবা তাংনাগা ২মনা মমাশিজগী চাইথশঙদা ওংনৈএ হায়দুনা শগাই শাদুনা মাইবনা মমাশিজ মহাবাজ ২মবু চাইথহল্লে। ছহোন্দি মফম থাইএ। ১৪নি ঈরাইদা লাই কৌক্রনা নোংমৈ থাই। ২৬নি নোংমাইজিংদা নোংমৈ তোপ চোংথোকএ। ২৮নি শগোন-সেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। থাশি নোং থাঙজদা কৈথেল ইরাংলে। হিয়াঙৈ থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। ৬নি থাঙজদা থৌরাগী অঙোম চদুনা মচাশিজ পোকএ। ৮নি নিংথৌকাবদা চাইরেন্দগী কৈ ১ ফারকএ। ২৯নি

১। ভাং ১৮। ৯। ১৮৫৭ ইং সূর্য্যগ্রহণ দিবা ১১। ৩৯ গড়ে আরোম্যাং স্পর্শ ১৮। ১ গড়ে বায়ব্যাং মোক্ষ।

নোংমাইজিংদা ছিয়াসৈন্দী সংক্রান্তি হোঔএ। কৌ শাংতে, পোমগনৈ। পোয়ম্বু থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১৬নি ইমশকৈশতা মোইরাংনা কারাং খেন কাই, মুংসুং মুংএ হায়দুনা মরু ইবুংঙো লুরাং নিংথৌ শমজেং শাবা হাজারি মাইস্নামচা হাজারি ওমানাচিংনা অকন-অথৌ কুমহুনা মোইরাংদা খেনগৌ শারুইযে। মাইবনা কোকথোকএ। মোইবাং নথোইগী কুমৈদি শেল্রা ইযাগী মথৈমে হাযনা নুং মুংওম্বসুং পুখংলকএ। মাইবনা মিকোল্লকয়ে। মোইরাং লাইফ্রাকপা নোদিয়া খ্যাম হেমনাইবা অশৈবা হনবা ২মশী মশম মনা লেন্দুমা মোইরাংথোমদা লু চল্লে। ২৯নি লৈপাকপোকপদা পোযহুগী সংক্রান্তি হোঔএ। বাকচিং থাদি শগোনসেন্না হল্লে। ৯নি ঈরাইদা হিন্দুনা ফিবিংগি থুগাইরে, মৈতৈরম লাকনি হায়হুনা নোংমৈ ৫বক থাই। নামৈ-বাকপা মেঙোবনচিংহুনা সিকাই ৬০০ চৎলে। ফিবি য়োঔএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা অরাং হাও শম হুবা ২ হাৎতুনা বাংথৈ পুংজাওদ চল্লে। ২৮নি মুমশকৈশদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হোঔএ। কাইবেন থা থাঙজনা হল্লে। ৫নি মুমশকৈশদা খোইরাম পিবানা ময়াংদগী থোকলকুনা মহারাজদা পিবাদি ঐনে খুরুম্বরু নিংথেম্না নওনা চুমএ মৈহৌবগোন ইবদি কদবে হায়না চৈরাপ্তা, মাইবা লোইশঙদা বাথৈএ। মমিং প্রেমসিং কৌএ। ৯নি নোং-মাইজিংদা মৈদিংঙু চৌংলেন নোংজ্রেন খোম্বা মহারাজনা সেকমাই থাবু শ্রীগোবিন্দজীগী চক্ষু মাহল্লম্বরু শ্রীমচা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি মহারজনা তোকহল্লে। মহুত্তি খোংজাওনা শিল্লে। শেকমাইদি মহৌশাগী চেগাই থাথিরে হায়হুনা শ্রীগোবিন্দজীদা সনা শন ১ মহারাজদা শন ১ মমাশিজদা শন ১ চৈবাপ্তা শন ১ বাথৈ৪। অসিদা য়াওবা মীদি অঙোপাম্বা মচা ইবুংঙো বাংথৈরাকপা থুরাইবাকপা মন্ত্রী যাইস্কুল লাকপা, শিননাইবা খেলরাম লুপলাকপা ২মকী হাকতকতনে, পুগ্রন নোংথোনবা শঙলাক কৈকংবা কমদৌ নিংথৌ পুম্নমক হায়দোকএ। সেকমাই চন্দ্রসিং বাংবজাম্বা থুম্লাকপা অসিনচিংবনি। ১১নি নিংথৌকাবদা ময়াম্নুং ইবুংঙো চহী ৩[1] ময়াংদগী থুংলৈএ[2]। ২৮নি শগোন-সেন্দা কোইবেংগৈদা মহারাজ, মমাশিজ, য়োইবু য়োইহৈ পুম্নমক কুমহুনা ঙা চানৈএ। কাইরেনগী সংক্রান্তি হোঔএ। থাশি নোং থাঙজদা ইবুংশি হাওচৌ

১। সনা চহি অহম।

২। তাং ২৫।১।১৮৫৮ ইং। চৌরজিৎ মহারাজনা লাইরিকয়েংবম চহ লোহুনা য়নখিৎ শিংহ সন্না চহী অহম পোকই।

মচা মেজোর ময়াংদগী লান তানবা থুংলৈএ। লমদা থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা নামৈরাকপা মচা মেজোর ময়াংদগী লান তানবা থুংলৈ। ৭নি থাওজদা চিংখম পন্দা মহারাজনা কুমহুমা কৈ ৪ কায়। ওক ২ মোইরাং শাথীবী ১মুং য়াওএ। শিংতুবা অরোংবখনবা ওকনা শোকএ। শিদে। ১২নি শগোনসেন্দা মমাশিজ নিংথৌপোকপীগী শংগাই হৌএ। থামিন নোং থাওজদা থা শানা কংএ[১]। ২৫নি য়ুমশকৈশদা য়ুমজাও হৌএ। মমাশিজগীয় শংগাই। ২৮নি থাওজদা ইবুংঙো ছাওচৌ ময়াংলম থাজিনখিএ। লমদাগী সংক্রান্তিহ্ ওই। শজিবু থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৮নি নিংথৌকাবদা মাইখনা লৈথোং ফাংপগী মৈখা চিংববু হৌদে। ৯নি লৈপাকপোকপদা কেক্রুপান তুরেল লোই। ১৭নি য়ুমশকৈশদা য়ুমজাও শঙকাই। ১৮নি শগোনসেন্দা কৈক্রুপান থিঙেন্দা মৈথু কাই। ২০নি থাওজদা লাই পুথিবদা থাং খৌবোম্বা-চোংথোকলকএ। মতম বাংলি হায়হুনা মহারাজনা লোইশিনহল্লে। ২৩নি লৈপাকপোকপদা অযোধ্যাদগী লম্বোইবা ৩ থোক্লকএ। য়েনগাওপুংদা শঙ শাহুনা লৈহল্লে। অঙোম লৌবাই চিংডাবেন্দগী থাবৈশোই কাওনা অবাং হাও পুন্নমকপু ছিরম তৌবস্থ হৌহল্লে। থাবি নম্বোল্পগী য়ুম্নাবা দোলাইপাবনা ইমোই হুই হায়হুনা হুইগং থাংহুনা পুথংলকএ। ২৪নি য়ুমশকৈশদা লৈকাইবাকপা ৪মানঙিবা পুখ্রন নোংথোন, শংলাক কৈকং পুন্নমক খিবাংজি কিদা কমহন্দে। ২৮নি নিংথৌকাবদা[২] বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। য়ুম্নাম চাওবগী কুম শোক ১৭৮০। ২৯নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী পালোক ওই। কালেন থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ২নি শগোনসেন্দা ইবুংঙো চহী ৩ ময়াংদা থাজিনখিনএ। পাশোইগা য়ুরেম্বমগা কাওজে শান্নেএ। য়ুরেনবমগী য়ুতুম অমা কাওজেনা শোক্তুনা শিএ। ৯নি শগোনসেন্দা বাবা খোংদগী কৈ ১ ফারকএ। ১০নি ঈবাইদা য়ুহারাইএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা যাম্বেমচা বশমোন নোংথোনবা শিএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা মহারাজ কাওজে শান্নেএ। মমাশিজনচিংবা ইবেম্মশিং য়োইবু য়োইহৈ পুন্নমক কুম্মৈ যেংহল্লে। মুমিংলু ২ থোকএ। থোংচাই হাওমা চন্দ্রখোংদগী কৈ মচা অচঙবা অমম্ব ফারকএ। থাশি নোং শগোমসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ।

১। তাং ২৭। ২। ১৮৫৮ ইং য়াওশঙ চন্দ্রগ্রহণ রাত্রি ২২। ৪০ গতে ঐশান্যাং স্পর্শ ২৭। ৪০ গতে বায়ব্যাং মোক্ষ।

২। তাং ১২। ৪/ ১৮৫৮ ইং

কালেন থা মলমাস ওই। কালেন থা ১দি ঈরাইনা হল্লে। ২নি থাঙজদা য়ুহারাইএ। ৯নি ঈরাইদা ঈশিং বাম্না চাউই। লৈকাই ৪মা থুমযে। ঙুমিং ৪নি কৈথেন থুমত্থনা কাদে, চেংকোক ১দা শেল লখা ১ য়ৌএ। পুকম্ন থম্না চৎলে। ইঙা থাদি থাঙজনা হল্লে। ৩নি নিংথৌকাবদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ৯নি নোংমাইজিংদা অবাংলমদগী হিন্দু থোকলকলে। থাকম লোই-শঙদা থুংএ। ১৩নি শগোনসেন্দা বাবগাইদগী কৈ ৪ কাবকএ। ইঙেন থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। ৬নি ঈরাইদা ইংঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি নোংমাইজিংদা পাঙলনা মৈতৈ নোংথোনবনে হায়না লৈবম্বু মরি থিনকবদা পাঙন ওইবম্বদা পাঙনদা থাখিএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা থৌরানী ওইনাম ৮মু মচাশিঙ্গ পোকএ। থৌবান থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৭নি নিং-থৌকাবদা থৌবানগী সংক্রান্তি হৌএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা য়ুহারাইএ। থাম্ন শানা ফংএ। ২৫নি ঈবাইদা থা কৈথেলগী নু তুইএ। ভম্না হৌগৎলে। লাংবন থাদি য়ুমশকৈশনা হুনএ। ৯নি শগোনসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি ওইএ। নোংচুপ লমদা থবানমিচাক মমৈ পানবা থোকএ। ১৫নি শগোনসেন্দা লাই কৌত্রন্দা নোংমৈ থাই। ১৬নি ঈবাইদা য়ুহাবাইএ। ২৪নি ঈরাইদা নিংথেম কুমহুনা কৈ ১ কায়এ, কোকচাইদনে। ২৭নি নিং-থৌকাবদা লু নাও তাবগী হি তোংবদা বা থোক্নুনা ইবুংশি শামু হজবা মচিন মনাও লোই থাইএ, ভম্না কৌথংলি। মেরা থাদি ঈবাইনা হুনএ। ৮নি ঈবাইদা মথা থংবা মাযগৈরোমদা থবানমিচাক ২ চিকনৈ। ৯নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। মবাই ইবুংঙো চিংগাখম্বা নোংথোনবা শিএ। ১৪নি শগোনসেন্দা লৈতাম্বেম ফুংগা ২ হিদাকশুংবগী থংনহুনা ঈকপনৈএ। হান্না কাওবনা হিদাকশুংবা ওইখিএ। ইবুংশি পুরন্দর, থিধামচা ২মানচিংবা নোংমৈ হিদাক শেম্বা হৌএ। হিদাক শুংবা লোইশঙম্ন লিংএ। ২০নি য়ুমশকৈশদা শগোন প্রেপ তৌএ। ২১নি ঈরাইদা কোকচাইদা নিংথেম কুমহুনা কৈ ১ কাম। থাশি নোং ঈরাইদা য়ুহারাইএ। হিয়াঙৈ থাদি থাঙজনা হল্লে। থবানমিচাক মমৈ পানবম্নং মোইরাং পাংবরমদা ম ঙখিরে। ৬নি শগোনসেন্দা য়ুহারাইএ। ৯নি নিংথৌকাবদা হিযাঙৈগী স ক্রান্তি হৌএ। পুকচৎপম্ন কথরে। ১৪নি থাঙজদা লৈপাক পূম্নমকী শগোন পুখৎতুনা অকবা থল্লে। শগোন ১দি শগোন ১না লেমকুদা কাওহুনা শিএ। ২৬নি ইমশকৈশদা য়ুহারাইএ। পোযম্ন থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ৬নি থাঙজদা ইরোই ৩০০

শগোন ১০০ ময়াংলম পুশিনখিএ। ৭নি নোংমাইজিংদা নিংথেম ময়াংঙম্বী মহাপ্রভু ১ ময়াংদগী থুংলেএ। ৮নি নিংথৌকাবদা নোং খাক্লা চুইএ। নোংথৈ শীংচং তাইএ। নোংপোক মায়কৈরোম লেন তাইএ। ঞাইরিপোক লময়াইদি তাদুনা কৌ চাই। লাইরেন সুবিদারনচিংনা ভজান হাও থুগাইবনু সিকাই ২০০ শাল্লে। ১০নি ইমশকৈশদা পোয়মুগী সংক্রান্তি হৌএ। ১১নি শগোনসেন্দা লমাবা সুবিদার, লোইতাম্বা সুবিদার ২মানচিংনা নোংচুপ লম সিকাই ২০০ শাল্লে। ১৯নি ঈরাইদগী ওমশঙদা শন ১না মচা কাইবোক পোকএ। ২২নি নিংথৌকাবদা মাইস্নাম মচা মেজোর ভজাম হাও নাবা শাল্লে। ২৫নি ইমশকৈশদা মুহাবাই। চন্দ্রখোং লৈমনাইস্তুং কবোরম মী ৮ চেনখিএ। ২৭নি ঈরাইদা শাংপম খম্নোইরেহগা মহুম পুম্নমক। হৈনৈ হায়দুনা মানা লাক্লে হায়দুনা চন্দ্রখোংদা থাইএ। বাকচিং থা ইমশকৈশদা হনলে। ৩নি ঈরাইদা মহারাজনা ককচিংদা চা রেংবা শাল্লে। উচান পোকপী হৌএ। ককচিংদা শগোন কাওজৈস্থ শাদৈএ। ককচিংগী বায়খোংগী খুবাক ইশৈস্তুং বা নহল্লে। মনা লুপাস্থ পীনরমএ। ৩নি নিংথৌকাবদা মাইস্নামচা মেজোর, লাইরেন সুবিদার ২মানস্থ ভজান হাও থুগাইবা থুংলৈ। লান ১ কারকএ। ৯নি শগোনসেন্দা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি ঈরাইদা থাংগদগী কৈ ১ কারকএ। মহারাজস্থ ককচিংদগী বায়খোংস্তুং লম য়েংলমএ। থুমখোং ১স্তুং মাইস্নামচা থুমজাও পুরেনথু তৌহল্লমএ। মহারাজ লময়েংবস্থ থুংলৈএ। ১৮নি ঈরাইদা লমাবা সুবিদার লৈতাম্বেম্বা সুবিদার ২মাস্তুং থুংলৈ। ২৩নি থাঙজদা থাংগদগী কৈ ১ কারকএ। ২৭নি নোংমাইজিংদা অকাম হাও লাকএ হায়দুনা মহারাজনা লান তানবা শাল্লে। লাল লাক্লে হায়দুনা ইশোঙ্গী হল্লকএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা অকাম হাও লাকএ হায়দুনা মহারাজ মোইরাংদা শাল্লে। কাইরেন থাদি ঈরাইনা হল্লে। নিংথেম থুংলৈএ। ৯নি থাঙজদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থানিন নোং শগোনসেন্দা থা শানা কংএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা ককচিং থুনৌগী থুমুকচম ১ ইরোইনা বাংতুনা শিএ। <u>শিলোংতগী</u> পাওন নিংথৌ মচাস্তুং শামু তোংদুনা থুংলৈএ। চীংলেন নোংজেনখোম্বা মহারাজগী মৈকোইবা থোগল কংজৈএ হায়দুনা মচা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজনা বামোন গৌডগোম্বাইদা কানজংখোংদা থুমখোং ২ পীএ। ২১নি ইমশকৈশদা থোংজাই লংরিক সগাং হাও হুইচাবনা অকাম হাও ২ কারকএ। অকাব হাওনা শাইতোন হাও ২মস্থ থোমখিএ। খবদি চেল্লকএ। ওক

মমুম বামোন ২মু খুম্তাকপদা মাঙখিবনু য়াওমকএ। ২২নি শগোনসেন্দা মহারাজ অকাম হাও লান ভানবা মোইরাংদা লেঙএ। শাইতোনম্নুং, তোর-বুংদা খুন শেম্থীরমএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা নিংথেম লান ভানবা থুংলৈএ। ২৯নি শগোনগেন্দা চাইবেন নিংথৌ শিএ। লমতা থাদি থাওজনা হল্লে। ৮নি থাওজদা মহারাজ অকাম হাও লান ভানবা শাল্লে। ৯নি লংমাই-জিংদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা কবোক খুন থুগাইএ। লান ৩ ফারকএ। মোইরাংখোমদা লানম্বিং চন্দুনা লীএ। অকাম হাওশী লোই শেম্লিং লোয়া ২মকতুং চেল্লকএ। থানিন নোং ঈরাইদা মহারাজনা মোইরাংদা য়াওশং শাৱে। ১৮নি নিংথৌকাবদা মহারাজ হল্লকএ। ২২নি ঈবাইদা মোইরাংদা নিংথেমগী শংগাই শাইএ। সিকাই পুম্নমক্তুং তুয়ুদম্নুং, কুমকিদম্নুং, মোইরাংদম্নুং, ভাঙথোংদম্নুং লোই তোংএ। ২৩নি থাওজদা মহারাজগী গুরুমতু গোসাই রাণী থোকলকএ। অদু মমিত্তা শ্রীযুৎ মহারাজ স্না যাথং লাম্মীনা শগোন মকোক্নী য়াক্নী পুরম্বু পুক্রোই হায়-দোকএ। লাম্মীনা চৈরাপ্তা বাথৈএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা মোইরাংদা কুমএ। ২৮নি ঈরাইদা নিংথেম হল্লকএ। শজিকু থা নিংথৌকাবনা হল্লে। অদু মমিংতা নিংথেম মচা ইবুংশি হাওজৌ, ইবুংঙো মেগজিং, ইবুংঙো কৈফা ওমানা চিংনা ওইনা পুরম্বা, চিংভাখম্বা লোক্লং পুরেন বামোন ২, শিনাইবা, অচোইবা খেত্রি মাথোয় অসিনা নিংথৌ শেমগে তৌরমএ হায়দুনা ফাগৎলকএ। ৪নি শগোনসেন্দা লোংজাম্বা পোংশংবা হজবা লোমানা জিরিদগী শামু ৬৩ ফারবা ৭দি শিএ। ৪৮দি ময়াংদা য়োল্লমএ। শামু য়াপনবা ১নচিংনা শামু ৭ থুংলৈএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। থিঙ্গুজাম্বা চক্রপানিগী কুম লোক ১৭৮১। ১১নি ইমশকৈশদা শজিকুগী পালোক ওইএ। ২০নি ঈরাইদা ককচিংনা থাং শাবদা জুংকান্দগী য়োং পাইথোকখিএ। ২২নি নোংমাইজিংদা নিংথৌ শেমগে তৌরম্বা খুং ইবুংশি হাওজৌ মেগজিং ২মানা চিংনা লোইকম থুদিং থাই। ২৬নি শগোন-সেন্দা গোসাইরাণী চঙখিএ। শ্রীযুৎ মহারাজনা লুপা ২০০০ শগোন ২ ফিরোই মশীং তুনা কংখিএ। কালেন থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৭নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা মোইরাংদা থোংজাই হাও শরিশোন্নবা কুমএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম মমাঙদা থোংজাইগা শরি শোল্লে। ননাই এথোয়দি মহারাজগী ননাইনে। অকাম হাও চাকে, লোংথৈ পীও; নিএ। উমং লাই

৯মক্তী মচুম, নোংমৈ, থাং, ভা, হি. হাই, পুম্নমক্তী মচুম পীথক্লুনা নে'ংমৈ ২০০ পীহ্নুনা অকাম হাও ভাকহল্লে। ৯নি যুমশকৈশদা নিংথেম হল্লকএ। ১৩নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি যুমশকৈশদা ইবেম্মা চোংথাম চন্নুনা পোকপা মচা ইবুংঙো নাহুৎলে। ১৮নি ঈরাইদা লাইরেন স্থবিদার-নচিংনা থোলাং, ওইনাম, খিংবা ৩মা থুগাইবা সিফাই ৩০০ শাল্লে। লমাবা স্থবিদারমুং ময়াং মাউংকা লোইনহুনা কৌক্রদা শামু কাবা চৎলে। ২৪নি শগোনসেন্দা ইবুংশি মেগজিং, হাওজৌ ২মা লোইদগী কৌথৎলে। ইঙা থাদি শগোনসেন্না হল্লে। ২নি ঈরাইদা থোংডাক লাইরেম্মা শঙবা লোই-তোংবম ১ কোম্হৌজম ১। ২মাগী মচুং হল্লে। মাইবা লোইশঙদা রাথেএ। ৮নি ইমশকৈশদা লাইরেন স্থবিদারমুং হাও নাক্লবা থুংলৈ। লমাবা স্থবিদারমু শামু ১ ফাবক্লুনা থুংলৈএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা নোং চুনবা মহারাজনা চিংনা লৈপাক পূর্ণমক রাওনা শ্রীগোবিন্দজীদা শজোম ক্ষীর কৎলে। ১৪নি লৈ-পাকপোকপদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেল থাদি ঈরাইনা হল্লে। ১৬নি থাঙজদা ইঙেলগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা নোংচুনবা নিংথেমনাচিংনা নগরকীর্ত্তন তৌএ। নোং চুদবগী ঈশিং যাম্ন' ভাঙএ। ঈথৈ তুবেল লৈতবদি ঈশিং থকপা রাই। কুম কাংএ। থরান থাদি থাঙজনা হল্লে। ৭নি ঈরাইদা কুমগী নোং চুবা হৌএ। ১২নি ইমশকৈশদা কৈরাও চীংদোংদা লাই নোংশাবা মনাই ইমলেম্বম ১ লাইথৈনা শিএ। যোগাক-চাওদগী কৈ ১মুং কাবকএ। থানিন নোং থাঙজদা থা শানা যংএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা থরানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি ঈরাইদা কৌক্রদগী পাঙন মাউংনা শামু ৩ ফারকএ লাংবন থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। চোংথামচা স্থবিদারবু নাচলনা পুথিহুনা মাঙখিএ। ১নি লৈপাকপোকপদা স্থাইরঙ্গন ঈশিংদা হাও ১ শিএ। ১৯নি ঈরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। কুম কাংএ। ঈথৈ চাদবদি কৌ শাংতে। মেরা থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১০নি শগোনসেন্দা কাক তানবগী থেজৌ শাবা হৈতে ১ায়হুনা পাৎচ-লাইতোন-জাম্বা হয়েন্দা থাইএ। শিথোংগী মোইবা'থেম ১মু কৈনা চাহুনা শিএ। ময়াংদগী কারকপা শামু ১ চেনখিবু হল্লকুনা ইকোপ্তা কারৈএ। ২০নি নোংমাইজিংদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি শগোনসেন্দা চেংলৈবমগী পুকোক থাংজম মুংলে হায়হুনা মথং তোংবম্না ওইখিএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি শগোন-সেনা হল্লে। ২নি ঈরাইদা উত্রাদা মহারাজনা দরবার তৌএ। কিরিংজি

সাহেপ্পা ম্না, লুপা, কুব্রিং ফিরোল ম্না থাঙমচিংনা শুনা কৎলে। নোংমৈ তোপ ১১ য়ক কাপএ। ৭নি ইমশকৈশদা শিখোংগী সোইবম ১ শীং চনবদা কৈনা চাই। মাইস্নামচা মেজোরনচিংনা কৈ ভানবদা কাদনা হল্লকএ। লাম্বী হাজারীনা হুইং পুরেন ওইরবমু সিকাইগী মেজোরনা ওইখিএ। ১৬নি ঈরাইদা নোং য়াম্না খোংএ, চুইএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা হিয়াংদৈগী সংক্রান্তি হোৎএ। কপুই হাও লোইশাং পুম্নমকম্নু কৌম্নু মৌবিরাই থুংহনা শাংতে। উচিনা কৌ য়াম্না চাই। ২৭নি নিংথৌকাবদা পাওনম হিদেন ইংখোন্দা তেখাও চু থাবমু মহারাজনচিংনা অঙম অথৌ পুম্নমক য়াওনা চানৈ। শংলাক কৈরুং পুম্নমকম্নুং য়েননীএ। তেখাও চু থোকপম্নুং অতুগী মথৈ হৌএ। পোয়ম্নু থাদি ঈরাইনা হল্লে। ১০নি নিংথৌকাবদা য়ুম্নাম পোইলাগী শাগেবু মৈদিংঙু মোরাম্বগী ঈনে হায়না বাথৈএ। ২১নি শগোনসেন্দা পোয়ম্নুগী সংক্রান্তি হোৎএ। বাকচিং থাদি নোংমাইজিংদা হল্লে। ১৭নি লৈপাকপোক-পদা শামুমানবী হরিগী কোনজিন্দা কৈ ১ ফাথ। ২০নি ঈরাইদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হোৎএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা সাহেপ ২ থোকলকএ। কাঙজেবুংগী নিংথেমশংদা চঙলমএ হায়হনা শঙ শিদোকএ। ২৯নি থাঙজদা সাহেপ ২মক চঙশিএ। থাশি নোংমাইজিংদা অকাম হাওনা লোই হাৎমৈএ, থাশি ২ তুইএ। কাইরেন থাদি লৈপাকপোকপমা হল্লে। ১২নি থাঙজদা লাইকম শঙলেন মনাক অবাং থংনদা নোংমৈ পান্দমনবা পুং থোনবা হৌএ। সেকমাই অবাংদগী লফু থরো ৭ লোংবা ১মুং কৎলৈ। ২১নি লংমাইজিংদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। শিখোংগী ওইনাম ১মুং শীং চনবদা কৈনা চাই। মেজোর ২ কৈ ভানবদা ফংদনা হল্লকএ। ২৫নি শগোনসেন্দা নেপ্রমচা মেজোরনচিংনা অবাং-লম মোঙ্গু হাওদা লোই থৌবা চৎলে। সৌগাইজমচা মেজোরম্নুং অবাংহাও ওকথুল, হুইনিং, চোইথর, হাইচুমনচিংবা তাংখুল লোইশাং পুম্নমা হপ্পা শিখোংদা থোং তৌবা কুমলে। লেংলেংদগী থুনজাও থোংম্নুং তৌহৌএ। সিকাই অপুম্বম্নু গারোং শানবা থামেনলোক্তা উ য়ানবা শাল্লে। ২৯নি নিংথৌকাবদা নোংমৈ পান্দম্বা হৌএ। লমতা থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। ২নি শগোলসেন্দা লম্ফেন্দগী কৈ ১ ফারকএ। ৮নি শগোমসেন্দা লৌচিন্না মুমিং মশক উদে। ওাম্নুং য়াম্না তাঙএ। ওমু খুবি ১ চাওবদা শেন ১০০ পি। নোংপোক অবাং থাংগপাং কোইথৎহৌদনা ইংখোন কোই। মহারাজনা চিংনা চবাই লফু, চু, মোরোক অম্নাম্বা থাই। অতোম নিংথৌনচিংনা পোইরৌগী

পাংথবা লম থোন্নে। যুমশকৈশদা শেল লখা ১ লীশীং ৫ থাই। ১৬নি শগোনসেন্দা মেপ্রমচা মেক্কোয়না অয়াংলম লোই থোক্লবা থুংলে। ১৭নি ঈয়াইদা কায়োং হৌএ। ময়াংদগী নোংমৈ হিদাকয় থুংলে। ২০নি নিং-থোকাবদা লাই পাখংবগী থাংপোক শগুগুবদা লাইগী মৈনা থাংপোক শগু মৈ হৌএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি ঈয়াইদা লাইরেন কাবিদা মুতুমগী মনাই ১না মচা ৩ পোকএ। মমাস্থু য়াওনা শিএ। ২৬নি নোংমাইজিংদা শগোন থাইশ কোনোকজিং শিএ। শগোল য়াইশ বিপৈর্গজিংপু হাপএ। শজিস্থু থাদি ঈয়াইমা হনএ। ২নি থাঙজদা পৈথোগ্গা মকু ১ চঙএ। ৪নি নিংথৌকাথদা লুশৈ য়াও কম কাই। শেনবুং ৩ শামু মযা ২ কংলৈএ। ৬নি যুমশকৈশদা মহারাজনা লৈশাংথোংদা লাই থুকম্বা শান্নে। হল্লকপদা লিলোং মথাদগী লাই পাখংবস্থুং লাইকম লিংথং-লমলে। ১৩নি ইমশকৈশতা ইবুংঙো হাওজৌ ময়াংদগী থুংলৈ। ১৬নি ঈবাইদা থিজয়া গায়োং শঙকাইএ। মহাবিষ্ণুস্থু মহারাজস্থু য়াওনা লৈপাকী অঙম্বা পুয়মকয় তন থাঙক্তে। ১৮নি নোংমাইজিংদা লোংজমচা লমা মেজোমনা ময়াংদগী শামু ফাকথা শামু ৬ থুংলৈএ। থাংকোকপা অমা য়াওবকএ। ২১নি যুমশকৈশদা বিষুব সংক্রান্তি ওই। থোকচাও চান্দগী কুম শক ১৭৮২। ২২নি শগোনসেন্দা শজিবুগী পালোক ওই। ২৯নি ঈয়াইদা চকপা থুম্দাংবদা কাঙমৈ শায়বদা মথাম্বনা য়ৈবদা মনাও কাংক্রমনা থাহ্লনা শিএ। কালেন থাদি নোংমাইজিংমা হল্লে। ৬নি ঈয়াইদা কোংবা ঈয়ীএ। ১০নি নিংথৌ-কাথদা যুম্নাম ১ কৈশাম ১ অনীমক্লা শন হুবা কংহুনা ইয়াথদি মতুমচা যাওনা নিংঙেন্দা থাইএ। কৈশামদি মতুমচা যাওনা লাংঙথেন্দা থাইএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা থৌবুমদগী কৈ ১ কায়কএ। ২৩নি লংমাইজিংদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। শিথোংদা কৈ ১স্থুং কায়এ। ইঙা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৩নি যুমশকৈশদা হোদাম শিংলেম্বা ফুংগা হোদাম ঈশৈ শকপা ফুংগা ২মক্লা হয়াওবা লাইপুবগী থংনবদা মহারাজমা পণ্ডিৎশিং কৌথম্না হংনথবু লাইদি কাইকলে অমুক অমুক হয়াওনৌ হায়মা য়েনবীথিএ। হিয়াং হিমেনস্থুং থোংএ। ৫নি ঈয়াইদা কবো শোমশোকপী মৈতৈ অনিবস্থু কবোস্থুং যুম ৩০ থোকলকএ। কংদথৌ য়াংজিং মনাক্তা থুম্বাহল্লে। ১০নি যুমশকৈশদা যুমথাইবা স্থবিদায়না লোংপোকলম য়োং থৌরবদা মহুং হাওনা[1] কা থাকমদা সিকাই ১ ভাগা

১। মহুং হাও—উথুল লবতিভিনন্দা লৈবা হংহায়, লোংথী, হুংকম, হইনিং, উথুল, চোইথম, লাংথাং, শিয়োই থুনশিং ঋগিদা চৈংথশিং ঋদি মহুং হাও কৌই।

থিন্দুনা পিএ। হাওদি মমা লেন্দুনা মখুন্দা খাগৎবিএ। ইমথাইবা মুবিদাখদি চাইরেন্দা থাইএ। পাৎচপী পূজাও মাঙলখবু অমরক লিংখৎলে। লনকা কোনশিন্দপী কৈ ১ ফাবকএ। ১৩নি ঈরাইদা নেপ্রামেজোরমা নোংপোক থংবা থাংগপাৎ মপান্দা বা থাইএ। ২২নি নিংথৌকাবদা কাঙজেবুংদা মোং চুনবা শ্রীরাধাগোবিন্দ পুথোক্লুনা নগরকীর্তন শকএ। ২৪নি মুমশকৈশদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬নি ঈরাইদা কৌক্রদগী মোইরাংথেম্মা শামু য়াপনবা ২ ফাবকএ। ইঙেন থাদি মুমশকৈশনা হল্লে। ১২নি থাঙজদা থবানমিচাক মমৈ পানবা থোকএ। ১৩নি নোংমাইজিংদা মুহারাইএ। ১৮নি ঈরাইদা চৈরাপা হি কৌবুবা চৎপদা থারম পাংডা শবেং লাই ওইবা ওক্লহুনা ওইমামচা ২ পিএ। ২৭নি নোংমাইজিংদা ইংঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থাদি শগোলসেন্না হল্লে। ১৫নি মুমশকৈশদা থা শানা কংএ। ১৭নি ঈরাইদা কোইরেংপেদা মহারাজনা হৈ চাংবা কুমএ। শুমশংদা ওক মচা পোকএ। ২৯নি শগোলসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থাদি ঈরাইনা হল্লে। ৭নি শগোলসেন্দা অমুক মুমিং থোরকপদা কোম্নুংদা মোং ১ চঙএ। মুমিং ভারমদাইদা মবুথৌ পাথংবগীদমু মোং ১ চঙএ। ১৭নি নোংমাইজিংদা মহারাজ লৈশাংথোংদা শামু ভোংহুনা কুমএ ভম্না হল্লকএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা চিংঙাথম লৈকাইদগী কৈ অমা ফাবকএ। মুম্মাবা পুংমৈবাগী মচামু মুমিং ৫নি শুবদা বা ভাংঙে হায়। লাংবন থাদি ২ শুই। লাংবন থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। লাংবন থাগী সংক্রান্তি হৌএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা সাহেপনা মৈথাং লম্বী য়েংবা চঙএ। ৫নি মুমশকৈশদা কৈ থিবদা শোকএ। ৬নি শগোলসেন্দা ঈশিং ঝাম্না চাওএ। থাংঙথাং নমথাইএ। খুরাই লৈকাই থুমএ। ১৪নি ঈরাইদা ময়াম্বুং ইবুংঙো সেনাপতি, ইবুংঙো নদিয়াচান্দনা মিংথৌ ওইগে হায়হুনা ফারকপবু মরি থিনবদা ভৌবমদে হায়হুনা থাদোকএ। ১৯নি শগোলসেন্দা মুহারাইএ। ২০নি ঈরাইদা মহারাজনা লৈশাংথোংদা শামু য়েংবা চৎলে। ২৪নি লৈপাকপোকপদা ইবুংঙো সেনাপতিগী থোঙদা নোংমৈ ১ হুপ্রে। থোঙ-শংবা সিফাইবু লাইরেকএ হায়হুনা গারোংতা য়েএ। মেরা থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদা মেরাগী সংক্রান্তি ওই। ১১নি শগোলসেন্দা সাহেপ লম্বেল য়েংবা থুংলৈএ। হিয়াঙৈ থাদি মুমশকৈশনা ২ পাল্লে। ৩নি শগোলসেন্দা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি শগোলসেন্দা লোংজাম্বা মেজোরনা ময়াংদা শামু ফাবা চৎলে। পোয়স্থ থা শগোলসেন্না হল্লে। ২নি

ঈবাইদা পোয়ন্থুগী সংক্রান্তি হোৌএ। ৫নি নিংথৌকাবদা লাইরেম স্থবিদারনা ঙাথৈলম লোই থৌবা চৎলে। ৮নি শগোনসেন্দা সাহেপ লমথেল য়েংবা শানলে। ১৮নি নিংথৌকাবদা মস্থুং কাঙজৈবুংদা সিকাই পুন্নমা থ্রেপ তৌএ। মহাবাজনা তেথাঙ চু যেনবীএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা থিযামচা শেলুংবা ময়াংদা শামু ফাবা য়েংবা শান্নে। ২১নি যুমশকৈশদা মৈন্নামচা অহল্লুপ লাকপমা চিংনা লেংলেন থুমখোং তৌবা কুমএ। ২৩নি ঈবাইদা থুমখোং লৈতাবা হোৌএ। ভাংখুল লোইশঙ পুন্নমা হুপনা তৌএ। ২৯নি শগোনসেন্দা লাইবেন স্থবিদাব লোই থৌকবা থুংলৈএ। ৱাকচিং থাদি থাঙজনা হল্লে। ২নি মোংমাইজিংদা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি তৌএ। ৩নি নিংথৌকাবদা পাঙনগী হাওবা, জগদা ২মনা নোংমৈ হুবা ৱংএ। হুংনৎবু মমাঙ্গৈঙগী নোংমৈ হুবা থৈবিকস্থু ইবিংঙানিনা হুথনে থুমযে। গুণ্ডুদা হাৎনৈএ। ৫নি যুমশকৈশদা সাহেব লমথানবা থুংলৈএ। ৭নি ঈবাইদা নিংথৌজাম্বা শংগাই শঙববু স্না মাঙএ হাযহুনা শোইশেপ কমেংদা থাইএ। লেংলেংদা মহাবাজ থুমখোং তৌবা কুমএ। ১০নি নিংথৌকাবদা নিংথেম হল্লকএ। ১৮নি লংমাইজিংদা নিংথৌজাম্বা কৌথৎলে। ফাইরেন্থাদি লংমাইজিংনা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হোৌএ। যুবালাদা ৱাঙেপ্পম মচিন মনাঙ থৎনহুনা মযাম্বা অহন দামুনা থাইথিএ। ৭নি নোংমাইজিংদা মমাশিঙ্গা নিংথৌপোকপীনচিংবা ইবেম্মশিং য়োইবু য়োইমৈ পুন্নমকনা লেংলেংদা থুমখোং য়েংবা কুমএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা হল্লকএ। ১২নি ঈরাইদা মহাবাজ লেংলেংদা খোং তৌবা কুমএ। ১৪নি নোংমাইজিংদা নিংথেম কাম্নোং লম য়েংএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা মিংথেম লেংথৎলকএ। ইবুংঙো খুইরাকপগী কীর্তন শকএ। ১৭নি যুমশকৈশদা মহারাজ নিংঙেল কুমএ। ২৭নি ঈবাইদা ময়াম্ভু ইবুংঙো সেনাপতিনচিংবা পোইরৌদা শা তান্নে। শা ২৩ ফায়এ। লাইদা ৩ ৱৎএ। ২০দি থুমখোং তৌবা হাওদা য়েনবীএ। ২৮নি থাঙজদা ইভোক মপান্দা মহাবাজ কাঙজৈ শান্নে। চন্দ্রখোং নিংঙেল, শিখোং হুপীশিংবু জগোই শান্নহল্লে। লমদা থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। নিংথেম হল্লকলে। ১নি যুমশকৈশদা লমদাগী সংক্রান্তি হোৌএ। ৯নি শগোনসেন্দা ইবুংশি চপ্রাম্ফনা নিংথৌ ওইগে তৌই হায়হুনা লিলোংদা লাকএ। মনাও ওমদি ১মা ঔৱারমদা ২মনা ময়াংলমদা থাজিবৱু মহারাজনা কনবীবে। চোংথামচা হাজারি শরোংখাইবমচা হাজারি ২মদি পাখোন চংপা হৈজে

হায়রুনা মকম থারএ। মাইস্নামচা সুবিদার, নেপ্র' জমাদার, কৈশা শখান ওমদি ময়াংদা থাজিল্লে। য়েলাংবদি ককচিং থুলেন্দা থাইএ। মোইরাং বিনদদি বাইরিদা থাই। থুমুজাম্বদি ককচিং থুনৌদা থাইএ। করাওবদি থাংজুদা থাইএ। থাংজনদি কুমফিদা থাইএ। বাইথুবাদি লাংমৈথেন্দা থাইএ। ১০নি ঈরাইদা মহারাজ নিঙেন কুমএ। ১৩নি ল মাইজিংদা চৌথং খোংলেন হকএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা উমু খোং হকএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা মবুথৌ ইবুংঙো চৌথংখোম্বনা মিশি তম্বন হকপা পেরেবু মহারাজনা অমুক হকএ। ১৮নি ঈরাইদা খোং অনৌবা চপথাইএ। তম্মা কুমজিল্লে। ২২নি লৈপাকপোকপদা অহৌংদা চৌথং খোংলেন চপথাইএ। ২৩নি মুমশকৈশদা মহারাজ লেংথংলকএ। ২৫নি ঈরাইদা ইভোক মপান্দগী নিংথেম তেঙ্গোল শঙহৌবা মোইরাংথেম অমা মংলাকহুমা শিএ। খোংমন লৈকাইদম্ব মোংখোনবম ১ চনম ১ নংব্রন ১ অহুম্বনা শল হাংলে থৈজিন্দুনা লৈশাংখোং থাইএ। লৈকায় পুম্নমক্তি লুপা ৩০০ কোংএ। ২৭নি লংবাইজিংদা মভোল ইবুংঙো মন্ত্রীনচিংনা লৈপাক হুম্না থুমগোং ১রক তৌবা চংলে। ২৮নি নিংথৌকাবদা লোংলেন মমাঙ নোংপোক থংনা নিংথেম শঙ্গাই হৌএ। শজিবু থা শগোলসেন্না হল্লে বিষু সংক্রান্তিসুং ওই[1]। লৈশাং দেবান্দগী কুম শক ১৭৮৩। ২নি ঈরাইদা শজিবুগী পালোক ওই। থুমগোংসু লাংলে। ৫নি নিংথৌকাবদা থুমগোং লৈত্তাবা হৌএ। ৭মি মুমশকৈশদা মহারাজ নি ঙেন থুমগোং তৌবা কুমএ। ৮'ন শগোলসেন্দা ময়াংথু সেনাপতিনচিংনা সিপাই পুম্নমা মপিথেন্দা থুমগোংচিংবা চংলে। অদু মুমিংতা লৈখোমনা নোং চুইএ। ২২নি মুমশকৈশদা নথুল, ইম্ফাল তুরেল, ইরিম, কোংবা তুরেল ৪মা অসি ঈশিং মচু ওল্লে। অদু মুমিংতা লাইগী খোংহুং হকএ। ২৩নি শগোলসেন্দা মবুথৌ থুমন নিংথৌগী খোং মবুথৌ চৌথংখোম্বনা হকলম্বা খোংবু মল্লে হায়রুনা খোং অমুক হল্লে। চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কৌবা খোং ১সুং হকএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা খোংলেন চপথাইএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা মুংশিং বন্না শিঙ্গুনা ছিয়াংথাং লাইরেম্বগী উ তেকএ। হাওরেবী ১ মাইরিখোক ১ থুল ২ অসিগী মুম মামনা তেকএ। অয়েকপম মুগী অমা লমথোইবা ১ পাঙল ২ মুমনা নম্দুনা শিএ। অদু মুমিং নিংথেমসুং নিংজেন্দগী ওংথংলকএ। ২৯নি মুমশকৈশদা মোইরাং মোইরেম হনথমা খোং লাংলে। অদু মুমিং মরাংদা খোঙাইথা সুবিদারমচিংনা মী

১। তাং ১১।৪।১৮৬১ ইং, চৈত্র ৩০ চড়কপূজা।

১৭ চেনখিয়ে। ঔরাদা ককচিং ৫ন্থুং চেনখিয়ে। ময়াংদা চেন্নবা অরোং ৬নু কাবকএ। থাশিত্তং ২ ত্তইএ। কালেন্না থাত্তজনা হল্লে। হমনি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা মোংবা হনবদা ঊ ১ ত্তেকএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা ময়াংলোমগী লাল লাকএ হায়রছুনা লোংমৈ ৫রক কাপ্পবু লাল ওইরমদে। লম্মোইবা ওইরমএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা ভাইথোংদগী ময়াং ম্বুবী ১না মরা হাংকে ত্তৌবমছুনা সনা কৈথেন্দা খুনগোইনৈএ। চিংবদি শংলিংবনা চিংএ। মতুংদা নাগানা যৈবদি ভথেল লাংননা রৈএ। অয়েকপনা মশক যেকএ। ২৮নি শগোনসেন্দা তুরেন ৩মা য়ামনা চাওএ। পাওদা হিদেন, ক্যাম্পগৈ, লৈশাংথোং, পুখ্রনবা খিংত্তেন মাকলং খিংত্তেন অসি থৈবিক নমথাইএ। লোইশঙ্গচিংনা মুম যামনা থুমএ। মুতুজি মখিন্দা কৈশাম ১ শোরাইশম ১ মী ২ ঈশিংদা ভাহনা পিএ। ইংল্লা থা লংমাইজিংমা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা শলছবা শগোলশেম ১ লাইগ্রাম ১ লাওয়েম ১ কমদোম ১ থাওবোইজম ১ থাংজম ২ য়েনথোম ১ নিপান অসি য়ৈছনা সনা কৈথেন্দা থালোকএ। ৪নি মুমশকৈশদা মোইবাং বিনোদ খুমুকচান্দা হাওবম এলাংবা থাংজবা বাইথু মথোয় ৮মা লোইদগী কৌথৎপীযে। ৬নি ঈরাইদা ইঙ্গাগী সাংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা লৈশাং থোংদগী শামুবু ঊমিবোক্তা থম্মে। ২৪নি নিংথৌকাবদা কৈথেন্দা অমম্বদা মুপী মরক্তা লৈবম্মে হায়রছুনা নাৰ্মৈরাকপা লমজেন ম্যাংবনচিংবা মী ৪ য়ৈরছুনা কৌএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা কৌক্রন্দা থবানমিচাক মমৈ পানবা থোকএ। থাশি লোং নিংথৌকাবদা মুমিৎ শানা ফংএ। ইঙেম্মা লৈপাকপোকপনা হল্লে। অদু মুমিৎতা লাংগোন্দগী কৈ ১ ফাবকএ। ৩নি শগোলসেন্দা অহিংদা শঙাইশেম পাইএ। ৭নি লংমাইজিংদা থোংজাই মশেন হাংবছুনা পলেন্দা হাংন্দু হায়রছুনা থাখিয়ে। ৮নি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু মুমিত্তা লাংথবান্দগী লৈশাং হিদেন্দা মিংথেম কুমছুনা ঙা খিয়ে। ১২নি ঈরাইদা ময়াংদগী ইবুংশি মাইপাক[1] লাকএ হায়রছুনা লোংমৈ ৫রক থারএ। ময়াঙ্গুং সেনাপতিমচিংনা মেজোর ৪ লান চৎলে। থানিম লোং নিংথৌকাবদা

১। ইবুংশি মাইপাক—বৈদিংও গম্ভিরসিংজগী মচা ইবুংতো আনন্দশাই লোংপোক লৈরিথোবগী মচা ইবুংতো চন্দ্রসিং লাথান লম্ভ সেনাপতিনা থাংজম চহ কুরুনীদা তীরসিং, কব্রবম চহ তুলসী পামছুনা মাম্পাকা (জিবসিং) কৈকাগা (তৈরবজিৎকা) মচা ইবুংতো অহম পোকলদি।

কাপনৈ মী ৩ শোকএ। লানকমদগী নোংমাইথেম জমা কারকএ। ১৮নি শগোলসেন্দা যামোন শুপ স্নবিদারনচিংবা ময়াং লিকাই ৫০ লান তানবা থুংলৈ। মোইবুং ২ চুংগোই ২ লাংশোই ১০ ল্যানকমদগী থোমলকএ। লিংথেমদা কংলৈ। ২২নি নিংথৌকাবদা লাই কৌক্রনা নোংমৈ থায। ২৩নি লৈপাকপোকপদা য়ুমনাবা পোইলানাচিংদুনা লাল তানুবা থোংঙাইবা স্নবিদার মপা মচা মৈবাম্বা মপা মচা ৪মা কারকএ। থবান থা য়ুমশকৈশনা হল্লে। অহু মুমিং ময়াং সিকাই লানতানবা চঙখিয়ে। ৩নি ঈরাইদা নেংলমগী মতুমা আকাশ হাওদগী লাকুমা নিংথেম থুকমলে। ১১নি ঈরাইদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু মুমিং য়ুহাবাইএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা লৈশাং-থোংদগী মাত্রা নোংখোনবা চনম্বা ৬মবু লোই কৌথংপীযে। ২১নি নিংথৌকাবদা লোংজাম্বা মামান্দিনা মোংবহেনবদা শেল লৈএ থিগে হায়না মহারাজদা হংগত্তুনা পানা ৪মনা থিয়ে। মাইবা পণ্ডিতশিংনা তৌহৈদে হাযববু যাদহুনা তৌদুনা থিববু শেল লৈরমদে। ১৪নি ঈবাইদা ইবম ইপান্দগী মী ২৭ ময়াং চেনখিয়ে। বাংথোনবিগী খুংহুং কায়এ। লাংবম্বা শগোলসেন্না হল্লে। ২নি ঈরাইদা বৃন্দাবন চন্দ্রগী কুম্বা কিহৈএ। ১২নি নিংথৌকাবদা ল্যাংবমগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি শগোনসেম্বা হিয়াংকুম্মেদা শামু ২ থাবক লাক্নুনা স্নকপা ভাইবোং শেমদুনা নিংথেমনা তোংএ। মেরা থা থাওজনা হল্লে। ১৩নি যুমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি শগোলসেন্দা ইবুংশি মাইপাকী মচানচি না কৈশাম ২ নাওরেম ২ মোইকাং-মযুম ১ মী ৭ ময়াংদা চেনম্ববু ফাদুনা পুরকএ। থাশি লোং থাওজদা ফিবিংজি মক্র সাহেবনা[1] মতুমচাগা লোয়ননা ময়াংদা চঙখিয়ে। হিয়াংগৈ থা লংমাইজিংনা হল্লে। ৯নি নিংথৌকাবদা য়ুহাবাইএ। ঈশিংহু চাওএ। ফৌহু চাহৈদা লাকএ। ১৩নি ঈরাইদা হিয়াংগৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৭নি ঈরাইদা নিংথৌখি হৌএ। অহু মুমিংতা মমাশিজ নিংথৌ পোকপীনা লাংথবান লৈশাং হিদেন্দা ঙা চাবা কুম্মে। পোযহু থা লৈপাকপোকপমা হল্লে। ৫নি ঈবাইদা লৈথোম শঙগী নোংপোকথংবদা শজাই বৈথোব ২ হৌএ। ১০নি য়ুমশকৈশদা লৈশাংথোংগী ঙাখোংদা মিংথেম ঙা চানবা ফুমএ। সাহেব ১হু থুংলৈ। ১৩নি লংমাইজিংদা পোয়হুগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি নিংথৌকাবদা নিংথেম

১। মক্র সাহেব—**Major Mc Culloch, Poljtical Agent at Manipur**

অহাংলম শামু কাবা চংলে। শামু ১ কায়এ। নিংথেমদি ওম্না হল্লকএ। শামুদি চিংলকপদা ইকৌদা শিয়ে। হৌবাইবা শংলেন লাকপমচিংনা লৈপাক পুম্নমা শামু কাবা চংলে। শামু ৫ কারকএ। শামুনা পোক্তুনা পুথ্রবম ১ শিএ। ২৭নি থাঙজদা পুথিবা পোৎশংবমচিংনা ইরিল মরুদা শামু ৯ কারকএ। থাকচীং থা যুমশকৈশনা হল্লে। ৬নি নিংথৌকাবদা শলায় মচা ১না বামোন কোনোক মুগী অমা লৌরমহুনা মতু মরা ২মক হাংদোক্পন্দা লোই থাইএ। নাওরেম মচা ১ বামোন্দা মীনাই ওইববু মপানা থাং অমা হুহুনা যোম্নমে হায়হুনা মপা অহুবু সনা কৈথেল্দা য়্রৈএ। ৮নি যুমশকৈশদা ইবুংশি মন্ত্রী-নচিংনা লৈপাক পুম্নমক থোং তৌবা যুমএ। ভাঙবিয়া অশেবা হনবা, মোইবাং ম্যোইরেন হুজবা ২মনা থোং লাম্ভুনা লৈপাক শুবা তৌএ। ১১নি লংমাইজিংদা যুদ্ধ হাইএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা ব'কচৌগী সংক্রান্তি হোঁএ। ১৬নি ঈয়াইদা বামোন খেলশ্বরী মচাগা থাইদেম মচা ১গা ই কানবদা থৈনহুনা থাইদেম মচাদি শিএ। বামোন মচাদি ময়াংদা থা জনখিযে। কাইবেন থা ঈয়াইনা হল্লে। ১মি থাঙজদা ইবেংবা উপুচিংববু ওরাংথ থাক্তিনখিবে। ৩নি লংমাইজিংদা থাগী হাও শেম্নম, লাংয়া, কবোক, চাইরেন, শেন্দিং থুন ৫ অসিনা শন্দং ৫ শেনবুং ৫ পুথক্তুনা নিংথেমদা কৎলে। ১২নি লৈপাক পোকপদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হোঁএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা অহাং পোৎশংবমগী তেথাও ইরেন্দা নিংথেম ঙা চাবা যুম্মে। ওম্না হল্লকএ। ২০নি যুমশকৈশদা বাংথোনবিগী নুং কায়এ। লমদা থা ঈবাইনা হল্লে। ২২নি যুমশকৈশদা মবেং থাংগায়া চরাই খুল্লাকপা হাংলে হায়হুনা হাও ৫ কাহুনা লোপাই পান্দা য়োংহিং চন্দুনা থবু চেনহনখি হায়হুনা থৌনাও হুজবা লৈশাংশাংদা লোই থাইএ। ওইনা হিরংদি য়েত্হুনা থাদোকএ। ১২নি শগোলসেন্দা লমদাগী সংক্রান্তি হোঁএ। ১৪নি থাঙজদা ময়াংদগী বামাম্নি ৬০ পুংলৈএ। ২১নি ঈয়াইদা নিংথেন থুমগোং হুকএ। ২৮নি ঈয়াইদা মোইবাং ম্যোইরেন হুজবা থোং লাংলে। শজিবু থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৫নি ঈয়াইদা শংগাই শজাইয়ে। ৯নি লৈপাকপোকপদা নিংথেনগী থোং লোইহুনা মমাশিঙ নিং-থৌপোকপী হল্লকএ। ১২নি ঈয়াইদা সাহেব ১ থুংলৈএ। তোপ ১১রক থায়এ। ১৩নি থাঙজদা বিষু সংক্রান্তি ওইএ। ওইনাম ব্রজ পাথং লাকপবু লনা য়াথং কৌবংহুনা চৈথাহল্লে। ওইনা ব্রজগী কুম শক ১৭৮৪। ১৪নি লোংমাইজিংদা শজিবুগী পালোক ওই। থানিন লোং নিংথৌকাথদা ঙাহিয়ান

হাওমা লমশন ১ তানবক্লুনা লমলাংদোংগী থুরেক্তা মামোইজম ১ লমশন্না শোক্লুনা শিএ। লমশনমুং লম্মাংদোংদা কায়এ। ২১নি লংমাইজিংদা নুংজেংদগী উশা ১ তেকএ। ২৫নি মুমশকৈশদা মহারাজনা খোংজাই হাও চলাং পুশিন্দুনা থাংগম, পাওম্নি, হুইমি, ডাপুং, তুইশেন, তোনজৌ থুনগং ৬মা অসিবু থুগাইহল্লে। লান্দি অচংবা ৫১ অশিবা ১০৫০ শামুক ৩১ খোমলকএ। অচংবদি মহারাজনা লান চংপা পুন্নমক্তা মমল শেল লখা ৫০ পীহুনা মথুন ২ মা পীহ্নুনা থুন শেম্বিয়ে। ২৬নি শগোলসেন্দা মহারাজনা খোংজাই হাও শিহুনা কাহ্নংলি থুগাইহল্লে। লান্দি অচঙবা ১৫ অশিবা ১০১০ কায়এ। অসংবদি তম্না থুন শেমহল্লে। কালেন্দা বুমশকৈশনা হল্লে। ১৪নি লৈপাকপোকপদা কালেংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি নিংথৌকাবদা নিঙ্যাংইপাক্তা লৈথা মী মচে য়ৈ হাইহুনা মনা কৈথেল্দা য়ৈএ। ২২নি লৈ-পাকপোকপদা, হুইথৌনা ইরিল মপান্দা শগোন যাম্না চিকএ। ২৪নি শগোলসেন্দা, এনখোইবা অমোংথনবনা শন মবাই তাহ্নুনা শিবনু, মীনা হাংলে হায়হুনা থৈজিল্লে। মীনদি হাংলমদে, নওদি ফত্তবা মীনি হায়হুনা, লাংঙথেবদা লোই থাইএ। ২৭নি লংমাইজিংদা ময়াংদগী লাল লাকএ হায়হুনা নোংমৈ থাযএ। অহু মুনিং যুহা হাইএ। ইঙা থা শগোলসেম্না হনএ। ৪নি লংমাইজিংদা বাহেংবা পেনা খোংবা, মনাও লৈকাই থনবা ২মক ময়াংদা চেনখিবনু হল্লকএ। মনাওদি থাদোকএ। ময়াম্বগী মচিন হংবনু ঐখোয় ১০ চেনমিন্নবনু ফিরিংজি সিকাই লাম্ভাবকপনা কাপথুবম্মে। অহু ফিবনা ঐখোয় হল্লকএ। শি হায়বহ্ পুহ্নুনা য়েংলুবনু শিবমদে, মচিনথি হায়হুনা দন্দি তৌএ। ৯নি ঈরাইদা শবাইশম্বা হিক হনবনা হাও অযোকপা ১বু মখোংনা কাওহুনা শিএ। শম্নাইশম্বদি লৈসাংখোংদা লোই থাইএ। ইবেংবা উপুচিংবনু গুম্ লোই থাইএ। ১৭নি থাঙজদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি থাঙজদা থৌনাও দোলাইপাবা হল্লবনু, লৈসাং খোংদা লোই থাইএ। ২৭নি নিং-থৌকাবদা, ময়াংদগী ইবুংশি মাইপাক, যৈম্না ২মনা চিংনা লাল লাকএ হায়হুনা নোংমৈ থাইএ। পয়েংবদা শোকমবদা, উম্পাক তারকুমা ফিরিংজি সিকাই লাল তাম্নকপা, ৩ শিএ। অহুদগী নমথাযহুনা কোম্বংদা কাপনবনু ওমদহুনা চেনখিএ। মুহুমচা ১ জংগি ১ অনিমা সনা কৈথেল্দা কাপথুহুনা য়াওবৈবিদা শিএ। থাঙেনবা লাইশ্রবা ২মদি সনা কৈথেল্দা শিএ। ইবুংশি মাইপাবপু চকপা কয়েংগী লৌবুক্তা থাজাল হাজারিনা কায়এ। মনাই

মাইব্যাদি শিএ। নিংথৌমচা ৪দি চেক্লক্‌না কায়এ। ইবুংশি কৈক।[1] মচিন মনাওদি চেনখিএ। লাম অচৌবা ৩৩ কায়এ মহাননবা অমুক্তি থৌমাংতেক্তা হনখিয়ে। ইতেন খা খাওজনা হল্লে। ২নি লংমাইজিংদা মুতুম মৈতৈদা লৈরম্বা হিদাকতংবা ওইরবা চন্দ্রসি লালাসিং যাদবসিং থোতোনসিং মনিক-খোম্বা তোলেন মখোয় ৬মগী মহুৎ শিল্লবা কাংছলাম্বা তৌবা ১ শলাম হিদং ১ যুমনাবা ১ মৈরাংথেম ১ রাংথেম ১ লাইশ্রম ১ মখোয় ৮ অসি শিল্লমএ। ১৩নি শগোলসেন্দা উরিপোক্তগী নোংথোনবম ১ ইথোম ১ ইরোই হৎমএ হায়রুনা দণ্ড তৌএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা অরাম্বম চন্দ্র মাইখিবি ১ লাইশ্রম থোলাই পাবনা লাম্লহুনা গড মৈথৈ হায়রুনা সনা কৈথেল্দা নিপা অহু মৈএ। হূপীনা খু-গোইহৈ-এ। ২০নি যুমশকৈশদা ইঙেনগী সং-ক্রান্তি হৌএ। ২১নি শগোলসেন্দা লান চাবা চৎপদা চেল্লে হায়রুনা তেলহৈবা জমান্দার ১ চোংথা জমান্দার ১ অনৌমক খোইশ কম্মেংদা লোই থাইএ। থাইরাকপা হবিদারনা বাইকোকভা থাংএ। থবান খা নোংমাইজংনা হল্লে। ১৪মি থাওজদা হাংওবোইবা শঙলেন লাকপনা দরবার তৌবদা মনম ওহোক্‌না নোকএ হায়রুনা লৈশাংখোংদা লোই থাইএ। ১৮নি লৈপাক-পোকপদা যুহারাইএ। ২০নি শগোলসেন্দা তোপ গারোংতা মহারাজ কমলহুনা লৈপাকী শেন্দোন খুমদোন হা লান পুন্নমক বিচার তৌবা হৌএ। ২১নি থাওজদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা মাইপাকী লাম্নানবা লাকপা ফিরিংজি সিপাই চঙখিএ। থাশি নোং নিংথৌকাবদা নোংচুপ্তা থৌরানবিচাক মমৈপানবা থোকএ। লাংবন খা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১৫নি নিংথৌকাবদা কংলাবিদগী কৈ ১ কায়এ। ২০নি থাওজদা পানা হি তারবদা লাইকম থাবম্ ২মক হি ওয়না থুংএ। তৌহৈদে হায়রুনা কোকথোকএ। অহু হুমিংতা লৈশাংখোংদগী হাওবোইবা শঙলেন লাকপবু কৌথংলে। ২৩নি লৈপাকপোকপদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি নোংমাইজিংদা মহারাজনা চৌংগোন্দগী কৈ ১ কায়এ। মেরা খা যুমশকৈশনা হল্লে। অহু হুমিংতা নিংথেম য়াওনা কাংপোকপীদা খোংনাং থাইযে। ৩নি ঈরাইদা যুহারাইএ। ১১নি থাঙজদা ইবুংশি শামুহজবা শৌগাইজাম্বা ২মক শামু তানবা চৎলে। ১৯নি নোংমাইজিংদা থুংলৈএ। শামু অমোম ১ কায়কএ। ২৪নি ঈরাইদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা হয়ানবগী পোং য়ারমহুনা তোকপম ১ ময়াংলম্বম ১। ২মা থাজপাং থাথোংগী মরিন্দা ঊকপববু ময়াং-

১। কৈক্ষা—মগ্রীমযুমগী লাল থৌদ্বিবা মাইপাকসনাগী মনাও।

লম্বমনা চুমন্থনা ভোকপমদি দত্তি তৌএ। থাদি শগোলসেন্দা অহিংদা মুহারাইএ। হিয়াঙৈ থাদি ঊরাইনা হল্লে। অহ্ন মুমিংতা ইবুংশি শাম্ হজবদা সৌগাইজম মেজোরনচিংনা কৌত্রন্দা শামু তানবা চৎলে। ৩নি নোংমাইজিংদা ঊশিং চাওএ। লৈশাং হিদেন নমথাইহুনা মুম য়ামনা থুম্মে। ৮নি লৈপাকপোকপদা মুহা হাইএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা শামু ১১ ফাহনা থুংলৈএ। ২৩নি ঊরাইদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়ম্ থা থাওজনা হল্লে। ৪নি লৈপাকপোকপদা কিবিংজি সাহেপ ১ ময়াংলমদা চঙখিএ। ভোগ ৯লক কাপএ। ৬নি শগোনসেন্দা লোংজাম্বা মেজোরগা সাহেবকা নিঙাই তৌনৈ হায়হনা ময়াং চঙখিয়ে। ১০নি শগোনসেন্দা লোক্তাক্তা নুং ১ তাওএ। অহ্ন মুমিংতা শরাইশম ১ কৈশাম ১ ফবো মতু মবাগা মখোয় ৪ অসি তুমু লোকচাওদা হাওনা হাংলমএ। ২১নি ঊবাইদা সাহেব থুংলৈ। ২৩নি নোংমাইজিংদা মহারাজনা সাহেবকা লোয়ননা হৈরোক্তা কুমএ। মী হাংশা হাও ফংহনা নিংথেমদি তম্না হল্লকএ। সাহেবতি ফবোরোমদা শগোন লৈবা চঙখিএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা পোয়মুগী সংক্রান্তি হৌএ। বাকচিং থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৯নি নিংথৌকাবদা সাহেবনা শগোল ৩০ লৈহনা পুরকপম্ থুমবোং মেজোরগা লোয়ননা থুংলৈএ। ১১নি মুমশকৈশদা বাংগাল হাজাবিমচিংনা মোইরাংগী ভোবুং চেকলাপাইদগী শামু ৩ কারকহনা থুংলৈএ। ১৪নি লংমাইজিংদা সাহেব ৩ থুংলৈএ। ১দি অমুবনি। ১৬নি লৈপাক-পোকপদা গুরু অধিবগী আচার্য্য ঠাকুর শিএ। ১৮নি শগোনসেন্দা ক্যাম্বগেগী থাগেম্বা মুংয়াম্বগী লাইশং মৈ চাকএ। ১৯নি ঊরাইদা ওইনামগী ঊবৈমগী লাইশং মৈ চাকএ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা বাকচৌংগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ্ন মুমিত্তা লৈশাংথেম লম্মাবিগী লাইশং মৈ চাকএ। ২৫নি শগোলসেন্দা মহারাজনা সাহেব ৪গা লোয়ননা পাঙবিভেক্তা কৈ ৩ ফায়এ। ফাইরেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৭নি নিংথৌকাবদা গাধা কৌবা শা ১ সাহেবনা নিংথেমদা কৎলে। অহ্ন মুমিংতা হাওবমচা মেজোর শিএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা ময়াংদগী পৈশা চৎলো হায়না পীরকএ। চৎপা ঙমলোই হায়হনা মহারাজনা তম্না পীশিনখিএ। ১১নি ঊরাইদা গারোংতা ওইনা সিফাইনা নেৎহনা তখেন অওন্দার মেজোর শিএ। ১২নি থাওজদা বোন্দিদগী চবুংবা মুবিদারনচিংনা মী ৫ ময়াংদা চৎখিববু চবুংবা কাপিদি ফংহনা থৌবুমদা হাংলে। মান্দুনা থমএ। চহী অনী লোনশিন্না লাই থোকহনা মী য়ায়া

শিএ। ২৭নি শগোনসেন্দা ফাইরেনগী সংক্রান্তি তৌএ। অহু হুমিংতা অচৌপাম্বগী মচা শিএ। তোংত্রান লাই পামরিবৈদা হোইদোমপোকপী তরং খোইজু চা[1] থাবা লৈরেনহন[2] মজু তেকব,[3] লাই ৪মা থাইনা লৈমম্বু ২৫নি ঈরাইদা তিনহল্লে। খুরাইজম য়োইরেনবম তাবগা খুরাইজম তাওবুংখোক তাবগা ২মাক্তং তিলহনএ। ২৬নি থাঙজদা লাইশং য়াম্না চাকএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা মচা শিজ অহনবু হাওবমদা থিনথৈএ। লমদা থা শগোলসেন্না হল্লে। ১৯নি নিংথৌকাবদা ককচিং ৮০ কবোবম চেনখিএ। কৌগাকচাও ২৫মুং ময়াংদা চংখিক্তে। ২৩নি ঈরাইদা লমদাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি থাঙজদা মক্র সাহেব থুংলৈএ। শজিবু থা ঈরাইনা হল্লে। ১০নি নিংথৌকাবদা বোংখা হাওবু শেল লথা ৩০ পীজ্না খোংজাক লাইবেন্মা শডহল্লে। ১৮নি লৈপাকপোকপদা লোংজমগী মৌ ১ লৈশাংথেমগী মনাই ১ নক্তনা থাদ্ননা শিএ। ২৬নি নোংমাইজিংদা বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। খবোংথাইবম চন্দ্রসিংগী কুম শোক ১৭৮৫। ২৫নি নিংথৌকাবদা শজিবুগী পালোক ওইএ। অহু হুমিত্তা কোম্নুংদা তাওরোইনাই থোকএ। ২৭নি য়ুমশকৈশদা পুংজা শেগাইদ্ননা তিংএ। কালেন থা নোংমাইজিংনা হল্লে ৩নি লৈপাকপোকপদা ফিরিংগী ১ থোকলকএ। ১১নি য়ুমশকৈশদা কবো চৎপা ককচিং থোরকএ। অহু হুমিত্তা ময়াংচৎপা মী ২ থোরকএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা জুবাব শামৈ হাযদ্ননা খোকচাও মুক্তা সিংহ লাংঙথেন্দা লোই থাই। মী অয়াম্বদি য়ৈবগা থাদোকএ। ২৭নি শগোনসেন্দা কালেনগী সংক্রান্ত হৌএ। অহু হুমিত্তা সাহেব ১ থুংলৈএ। ইঙা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদা মক্র সাহেপনে, তিনহক্র সাহেপনে, শেকা সাহেপনে ৩মা চঙলক্তুনা মহারাজগা দরবার তৌএ। ১০নি শগোলসেন্দা মঙ্গং কাংজৈ-থুংদা মংনাওতাদা চেকমা কোং শান্নুনা লৈপাক পুম্নমক্তা সিফাইবু নোংমৈ পান্দমহল্লে। ২৩নি লৈপাকপোকপদা কাংঙবা জমান্দারনা ময়াংদা শেন শারুইএ হায়দ্ননা ককচিং থুলেন্দা লোই থাই। ২৮নি নোংমাইজিংদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থা য়ুমশকৈশনা হল্লে। ৫নি নোংমাইজিংদা

১। তরং খোইজুচা—কংলৈ লৈমাবা থাবা শোকচেন্নবগী মচানিপানি, হাঙম-লোন পাম্বোইবীযু জুহোংদ্ননা লৌবনি।

২। থাবা লৈরেনহন—থাবা শোকচেন্নবা।

৩। মজু তেকবা—থাবা শোকচেন্নবগী তুপী।

কাইনাদগী কৈ ২ কায়এ। ৮নি য়ুম্নশকৈশদা নম্বোন থোংদা হাও ১ থাংনা য়াল্লমখ্রনা শিএ। ১১নি থাঙজদা চজিংদা বামোন কৃষ্ণচন্দ্রবামগী শল ১ মমৈ লোতনা পোকপবু মহারাজনা খুম্বোং য়াইদা কৎলে। ১৪নি লৈপাকপোক-পদা মহারাজনা চৎনিংলৈমগী লাইরৌগী শেম্বা থোইদোংবা খুৎলোংবু লৈহ্রনা লাই মনাই ওইহল্লে। থানিন নোং য়ুমশকৈশদা ইবুংশি লৌরুংপুরেনগী মডনা হুরাল্লমলে হায়দ্রনা ময়াদা থাজিনখি। ইঙেন থা ২ পাল্লে। ইঙেন থাদি শগোনসেন্না হল্লে। সংক্রান্তিস্তুং ছোএ। ১৬নি ঈমাইদা শিথোংগী খোংবু থোংই হায়দ্রনা ঈরাংলে। ১৭নি থাঙজদা হিজবা সুবিদারনা মগুম্বুগী মুতুম চম্বু হৈরাইনরমহ্রনা মগুম্বুগীদি বাকচিংগৈদা থাইএ। শেল লৌহ্রনা থাদোকএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা লৈশাংথোংগী থোং নমখ্ৎই। ২১নি য়ুম-শকৈশদা বোম্পুং উত্রা মমাঙদগী হৌনা খুাইরম্বন উরিপোক, ইরোইশেম্বা য়ৌনা লমবেল শেম্বা লোই। থরান থাদি থাঙজনা হল্লে। ২নি নোংমাইজিং দা থরানগী সংক্রান্তি চৌএ। ৩নি নিংথৌকাবদা স্না শাবা শেল্লুংবনা স্না য়াথং নত্তনা স্না য়াথং শাবমমে হায়দ্রনা বাকচিংগদা থাই। ৪নি লৈপাকপোকপদা থোকচাও মুক্তাসিংবু লাংডথেন্দগী পুখৎলে। ৫নি য়ুমশকৈশদা শিজ গুরুময়ুমগী বামোম খম্বৌনা নিংথেম পুগী লাংগম্বীবু ওংনহ্রনা মপুক কংলে হায়দ্রনা থামোন মযুমদা থিনথখিল্লে। ৬নি শগোনসেন্দা হিয়াং তিরেন্দা ঈ তাইএ। বাকচংগৈদগী স্না শাবা শেল্লুংবা কৌখৎপীএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা মহা-রাজদা ফিরিংগি সাহেপনা ফরাংজি ২ কংলৈএ। য়াদহ্রনা তম্মা হনখি। ২৬নি লৈপাকপোকপদা নম্বুল তুরেল য়েনলাংবমগী থোংদা স্নশম চম্বু থাঙেম্বম ওংবীবু হি লাক্লনা শিএ। ২৭নি য়ুমশকৈশদা চৈরাপকী কষ্বে পুন্নমক দরবার হৈত্তে হায়দ্রনা কৈদা তুমএ। অহ্ম য়ুমিংতা লাইকমগী কষ্বেদা ঈ তাই। লাংবন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদা পানা ৪ মাগী তাম্মা হি ২মবু লমতম হি কৌএ হায়দ্রনা হাননা ইতাহল্লে। অহ্ম য়ুমিত্তা থামোন সত্তা পুন্নমক্তা কোনোক হিদংনচিংথা পাজি পুন্নমক্তা থৌরানি জম্মগীদমক থৎনববু পাজিনা চুমএ হায়না লোই থল্লে। অরাং শেকশাই খুম্নাকপনা মচা অঙৌবী অমা পোকপবু শিএ। ৪নি শগোনসেন্দা পনম নিংথৌগী লমদা ককচিংমা য়োৎ পেককে হাযনা পিন্দুনা য়েংববু পল্লে হাযহ্রনা য়েংবদা লৈঙোই চোচ্রোবী ওইরনমে। থাইরিকোম্বিন্দগী পেক্তনা তুংববু কোংগোন শৌএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা অঙম্বা মচা অপাম্বদা

কাংঙবা হাজারিনা[1] তোংএ মমুংগী অপানবদা ইবুংশি থেবনা তোংদুনা হি তারহল্লে। নিংথেম ম্নাওনা খোংবান চেল্লে। অদু মুমিত্তা বাকচিংগৈদা শরোংখাইবমচা ১ থৌরি ম্নান্দুনা শিএ। ১৩নি ঈরাইদা শাম্নু ১ শিএ। ১৪নি থাঙজদা গারোংঙগী নোংমৈ মাঙলে হায়না বন্দি থমলে। ১৮নি শগোনসেন্দা কিরিংগি সাহেপনা সিকাই ১৫গা নোংমৈ হিদাক হান্দুনা চঙলকএ। তাম্নোকখিএ। নোংজাম্নগা লৈপাকী অঙম্বা পূম্নমক চংলুববু শক উনবা মাদদুনা হল্লকলে। ২৩নি নিংথৌকাবদা মক্র সাহেবনা মতুমচা ম্নাংনা মরাংদা চঙখিএ। মেবা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৭নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি থাঙজদা সাহেপ ১ থুংলৈএ। ২০নি থাঙজদা মমুং থাংঙবাং তেংদুনা চেকপন পালোইবা হৌএ। হিয়াঙ্গ থা মুমশকৈশনা হল্লে। ৬নি নিংথৌকাবদা হিযাঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৪নি লৈপাকপোকপনা তিনলেন সাহেপ চঙখিএ। মৈতৈমচাদি থামহৌএ। থানিন নোং মুমশকৈশদা শঙাইশেন পাই। ১৬নি শগোনসেন্দা ইবুংশি সেনাপতিনা গঙ্গা চঙখি। ১৮নি থাঙজদা কাপতান সাহেব চঙখি। ২১নি লৈপাকপোকপদগী হৌনা কৌচে পাইএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা মুংথিন্দা শঙাইশেন পাই। অদু মুমিং সাহেব ১ থুংলৈ পোয়ম্নু থা ঈরাইনা হল্লে। ৩নি নোংনাইজিংদা মহারাজগা তিন্নান সাহেপকা নিঙাই তৌনবু মহারাজনা চুমএ। তিনলান সাহেপতি মরাল কংলে হায়দুনা মরাংলোমদগী লাইরিক ১ থুংলৈ। লাইরিক অদু থেংলগা মোংমৈ ৭লক থায়এ। লাইরিক অদু ম্না কৈথেন্দা যাল্লে। প্রেপম্নু তৌএ। ৪নি নিংথৌকাবদা যুথক ২রক যৈ হায়দুনা তানয়েববু বৈদা শুমযে। ৫নি লৈপাকপোকপদা পোয়দুগী সংক্রান্তি হৌএ। ৭নি শগোনসেন্দা মহারাজনা মাঙ নাবা চংএ। সাহেব অমম্নু যাওএ। ১৪নি শগোনসেন্দা মযাংদগী পাউ ১ থুংলৈএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা মহারাজনচিংবা লৈপাক পূম্নবা সাহেব যাওনা মাঙ নাবা থুংলৈএ। হাওখুন ১৯দি মৈ থারমএ। মা০ খুলেনদি ঔগ্রি শকলমএ। থোংচাই লালোইনবনা রাকনদগী হাং ১৫০ হাংলকএ। শমুক চাংলেনবী ১১ কয়। হম্নকপদা মরাংথাং খুন থুগাইদুনা কৌমচিংবা শমুক ৩০ থোমলকএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা সাহেব ১ চঙখিএ। বাকচিং থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ৫নি মুমশকৈশদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬নি শগোনসেন্দা চিংথোংলোং হাওগা শিবরোং হাওগা

---

১। কাংঙবা হাজারি—কাংঙবম থঙ্গাল।

লম যুমবগী ২মা ঈরুপনবদু চিংথোংলোংনা চুমহনা লম বংজখিএ। কৌচেং পাইবসু অদু হুমিং মথৈ তোকএ। থাশি নোং থোংমাইজিংদা অর্থোদোই থোকএ। মহারাজনা গোবিন্দজী রাসেশ্বরীনচিংবা মৈতৈ লৈবাকী লাই পূমমকসু থামোন থামাজ্জিনচিংবা ব্রাহ্মণ পূমমকসু লশ্বোইবা বৈষ্ণব পূমমক থাক্তনা শগোল শাংবু শল সনা লুপা শেঙ্গুম চেং থৌ থিমোন মথীং থিঙমদনা দান তৌএ। শামুদি থামাজ্জিদা কংএ। অতম্বা অথোবা লৈপাক পূমমকসু মাগী মাগী ওমজ ওমজবা দান তৌএ। অদু ছুনিং ইবুংশি মাইপাক, ইবুংশি উকং পুনেমগী মচা অনী, ইবুংশি মবাই লেপ্পা মরাংদগী লোইমমকপা পূমমকসু থোজ্জি থাদোকএ। মৈতৈ লৈবাকী চেনশিনথিবদি থোজ্জি থমএ। ইক শঙদা থানে'ন এনিক লাইশাথবু ম লাকনহনা পুগখিএ। কাইরেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। সাহেপ ১সু থু লৈএ। ৫নি ঈরাইদা চৈরাপ মমাঙগী থোং হোঁএ। অদু হুমিং কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অতোম তোম্বুদা মচাশিজ থাইমা থিনথৈএ। কুমথিদগী কৈ ১সু কাবকএ। ৬নি থাঙজদা সাহেব ১ চঙখিএ। লমতা থা যুমশকৈশনা হল্লে। ৬নি নোংমাইজিংদা লম্দাগী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা থাংঙুদগী কৈ ১ ফারকএ। ১৭নি ঈরাইদা কযেংদগী কৈ ১ কাবএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা অরাংলমদগী থোংজাউনা থৈবা নারুবা থু লৈ। ২২নি যুমশকৈশদা চিংকু হৈবোন শেমএ। নগোন ভুবেনগু তেংএ। স্না থোংমানবীগী ঈশিংবু থাংগুবুং লবুক্তা তাবরু থৈদোক্তুনা লৈমথোং লবুক্তা তাংহল্লে। শঙ্কিবু থা শগোলসেম্না হল্লে। ২নি ঈরাইদা থুবাইদগী থামোন হৰিনা হবালরবু কাহনা পুথংলকএ। ৫নি নিংথৌকাবদ[1] নিমুব সংক্রান্তি ওই। থাইথুং হেমসিংগী কুম শক ১৭৮৬—৬নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী পালোক ওই। ৭নি যুমশকৈশদা থাবগাইগা লৌ দোংগা নাইচারুপ কাঙজৈ শামবুবু থৈনহনা হুইতোম্বা তোমপোকী মনাই ১ পিএ। ৮নি শগোলসেম্না কোইজিং হাওগা ইরেংবমদা লৈবা অযোকপা হাওগা থৈনএ। ১২নি নিংথৌকাবদা পাংচনা লুগ্রা লৌবা থিনৈএ। হাওছইবা অচুনংগুং লোথোকএ। ভয়া লোথংপীয়ে। থোদাবা অপানবা তথেন হনবা ২মসু দণ্ডি তৌএ। ২০নি লৈবাকপোকপদা লোংজাম্বা উকং পুংবন, মোইরাং শথান ২মা শিএ। ২১নি যুমশবৈশদা থুম্রাকপমগী কৈথেল কাবকপদা নিত্যাইথাং চিথেক্তা শিএ। ২৩নি ঈরাইদা অরাবমদগী সাহেব অমা চেরুবপবু

১। তাং ১১।৪।১৮৬৪ ইং।

থুংলৈএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা মক্র সাহেব মতু মচা যাওনা থুংলৈএ। শিথোংগী থোংম্নু কিহ্নৈএ। ২৮নি যুমশকৈশদা নারন কোঞ্জিনগী লোইশঙগী নোংমৈ ১৪ ছুথিএ। থাশি নোং ঈরাইদা পাঞ্জিমা গ্রহণ ভৌগনি হায়বদু তৌদরে। পাঞ্জি পুম্নমক ঈশিংদা ত্তিংএ। কালেন থা থাঙজনা হুনএ। লাইরিক য়েংবা লালো ছিদ না ইবেম্মা লুবাংশুবু ওাওনৈ হায়হ্না মুংঙ্দা লোই খাইএ। ৫নি যুমশকৈশদা[1] মুংক্ষেংগী অরাং থংবদা চেকী কাদোক কৌবা বন্দি থম্মবা ১ শাই। ৭নি ঈরাইদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অছু হুমিত্তা ইবেম্মা চাওবম চম্বু লাইশ্রম মচা ১না ও ওনৈ হায়হ্না মপামদা মীবোম্না থাইএ। মচাদি লৌখংলে। ১০নি নিংথৌকাবদা ইবুংশি মাইপাকী নিংথৌ শেম্বা লোইনবকপা যোংহ্নি চনবা পুম্নক য়াংহিং থাদোকপীএ। ২৪নি নোংমাইজিংদা থোংজাই পান্দোং শুশিদাবগী খুন্দা নোংমৈ ২ চৈরমহ্না খঙএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা ইবুংশি ববো ভাংগী সঙ্ক কোবরুবু লোংমৈ ছবা যাওএ হায়হ্না কবোবম মতু যাওনা থাক্তিনব্ব পলেম্দা থামহ্না লৈহল্লে। ২৭নি যুমশকৈশদা নাবন কোনাক্ষনগী অশাবা নোংমৈ শংবা নাওরেম ১ যৈবদা শিএ। লুবাংই মনিল কুম্ববু যামোম শান্নু পুবেন জগধামনা অবাং-হাও থুং ওইনহ্নন কাংহনএ। বিযাম পাংম্নু নিংথেম লৌশোন শেমহল্ল। মাইস্নাংচা শেলুংবু চিংকু লৌকোনম্নু শেমহল্লে। ভযোকপা হাশ্ম ভাংল্লে। ইংঙা থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ৮নি নিংথৌকাবদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১ নি শগোমসেন্দা কৈবানবিদা কৈ ১ কাযএ। ১৮নি ইমশকৈশদা শবোং-থাইবম ১ নিংথৌজম অমা ২মক শেন পুবগী ঊকপ্পবু নিংথৌজম্মা চুমএ। ২০নি ঈরাইদা[2] পৈখোপ চেকী দলান হৌএ। হৈঙাংদগী হুইথৌ .স্থু কারকএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা সাহেপকী চপ্রাশি ভাংপা থোংজাই হাও চেনখিএ। ২৫নি ইমশকৈশদা উবান্দ লৈবা চিক হাওনা কাহ্নুনা পুবকএ। কারকপা হাও পুম্নমক্তা মহারাজনা লুপা ২০ গাবোংনা ৩০ পীএ। গাবোংকী নাহারুপ অকাবা মীদি বন্দি থমএ। ২৭নি ঈরাইদা নিংথৌশেনবা য়াই-বেকশঙবু নিংথেম যাওনা শঙগাইএ। থাশি নোং নিংথৌকাবদা মাইস্না নোংথোনবনা লাংজিংদা কৈথেল শেমএ। ইঙেল থা লৈপাকপোকপদা[3]

১। তাং ১১। ৫। ১৮৩৪ ইং।

২। তাং ২৪। ৬। ১৮৩৪ ইং ১২ আষাঢ ধনিষ্ঠা নক্ষত্র।

৩। তাং ৫। ৭। ১৮৩৪ ইং।

হল্লে। নিংথৌখোংদা ওক্সরেল থংনবেল লাই ২মগী লাইরৌদা থিরা শেন্দুংবা, ওইনা খুদৈ, পোংশংবা লান্না থৌবা মাখোয় অসিনা লৌ ওনবদা থৌখি তংলে। মখোয় ওমস্থু শিএ। ১১মি ঈবাইদা ইঙেলগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি ইমশকৈশদা নোংথৈ ১৪ মাঙখিববু কাংঙবা থাংগান চাজাবীনা থিকহুনা খঙলকএ। ১৭নি শগোনসেন্দা ক্যামগী সিকাই লৈমখুজম ১ কোজেংনম আমোম্দার ২মনা শিকোংদা হুরান্নমহুনা কাবকএ। থবাল থা ইমশকৈশনা[1] হল্লে। শামুমৌ লাকপগী খুভমদা তুবেল লৌনম্বাল মমথাইএ। ২মি শগোন-সেন্দা মকোইদা নিংথেম কুমহুনা কৈ ১ কায়। ৪নি থাঙজদা ক্যামগেগী হিযাংভেক নমথাই। ৯নি ঈবাইদা শিংভমৈ থিঙেল পানলোই। ১০নি থাঙজদা চিবাইগী থোংবু চেকথোং চাগদবগী ভৌবদা মীগী শক লৈরমহুনা লৌথোকএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা থবালগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি ঈবাইদা[2] সাহেপকী সিফাইনা লুপা শঙববু মৈতৈগী সিকাইনা শিল্লে। ২১নি লৈপাকপোকপদা[3] বামোন ২ থোকমা কায়নববু শ্রীগোবিন্দজীগী মমাঙদা বামোন সভা পুম্নমক্না ১ভা ওইনা চাক পীজৈএ। ভোপ ৫রক কাপএ। পুংজাও যৈএ। লাংবন থা ঈবাইনা হল্লে। ভখেন লৈহাওকংবম থংকোংবনা লৈহাওকংবম শরিকপা জমান্দাববু ভখেন পুংয়ৈবনে হায়হুনা স্নাউপু ফাক্কবদা শরিকপা জমান্দাবনা চুমএ। থংকোংবনা লাল্লে। ১৬নি ঈবাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭মি লৈপাকপোকপদা পাঙন পেংগুন ২না ভেংমাই লেপ্পুনা পাঙন ভমপাক অপুম্বা হি ভান্নহল্লে। মেরা থা থাঙজনা হল্লে। ইবোম খমলাংবা শঙববু শিনাইবা লোইশঙনা শিনাইবনে হায়হুনা স্নাউপু ফাক্কবদা খমলাংবা শঙবা ওইবল্মে। ১২নি ইমশকৈশদা[4] স্নথোং মমাঙগী থোং শঙগাইএ। ১৬নি নোংমাইজিং দা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি নিং-থৌকাবদা ভেম্বাদা মাইখম নিপা ১গা মোইরাংথেম চন্দ্র ১গা ২মা থৌখি স্নান্দুনা শিন্নিরমএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা[5] ইবুংশি মাইপাক[6] শিএ। হিয়াঙৈ থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১৩নি ঈবাইদা মনেম শিজ গুরু ওবীগী ফুরাবু নিংথেম কুমহুনা হোঙএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি শগোনসেন্দা নিংথেম স্নাওনা কৌক্রন্দা শামু কাবা চংলে।

১। তা° ৩।৮।১৮৬৪ ইং। ২। তাং ১৯।৮।১৮৬৪ ইং।

৩। তাং ২৩।৮।১৮৬৪ ইং। ৪। তাং ১২।১০।১৮৬৪ ইং।

৫। ইবুংশি মাইপাক—চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী মথক্তা লান হৌখিবা আনৌপাইগী মপু।

২৬নি ঈবাইদা ইবেম্মা অকোইম্ব, চোংথা ২মাগী বাংগোন ২মবু মৈ হোৌদুনা ফুম্না চাকএ। ২৭নি থাঙজদা শামু ৬ থুংলৈএ। মহারাজনা শামুকাবা থুংলৈ। পোয়মু থা ইমশকৈশনা হল্লে। ইবুংশি শামু হুজংনা মকোংলোক্তগী শামু ৮ কাবকএ। বাকচিং থা শগোনসেন্না হল্লে। ১৪নি শগোনসেন্দা নিংথেম কুমহুনা উচিত্তাদা কৈ ৩ কায়এ। ২৭নি ঈবাইদা[1] বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিত্তা নিংথেম স্না য়াথং থারম পনলেন মুংলে হায়হুনা মমাশিজা নিংথৌপোকপীনা মবুং ইবুংঙো লুবাং নিংথৌবু থুন শেমহল্লে। মনময়াংন্তু মুংলে হায়হুনা মমাশিজ নিংথৌপোকপীনা মবুং ইবুংঙো লুবাং নিংথৌবু থুন শেমহল্লে। ২৮নি ইমশকৈশদা[2] শেগা লম্বীদা লমংংলোং য়োনবা শেম্বা হৌএ। কাইবেন থা থাঙজনা হল্লে। ৬নি ইমশকৈশদা[3] চিংথম শংগোমশংদা নিংথেম ঙা চাবা কুমএ। শনম্বুং য়েংএ। চিংথমপনম্বুং, বাযোবম্বুং, হৈকোনম্বুং শেংএ। নাযোংবমচা পাপু থোইবমচা বুহিসং ২মানা পুল্লেরাথনতা কৌবা নিংথৌ দেবসিংগী লৈপাক্তগী নোংমৈ শাবা হৈবা, থাম শাবা হৈবা ১ পুথোকলকএ। ৮নি ঈরাইদা মমাশিজ নিংথৌপোকপীগী ইথমগী থুমখোং ২ হুকএ। উনিংখোং মপান বংদাবীদা অয়াদগী থোক্লকপা বযো থুন শেমএ। কযোদা চেন্নুবা মৈবু কোথোকলুহুনা ক্রথোংদা থুম্দাহল্লে। ১০নি নোংমাইজিংদা কাংঙবা থাংগান হাজারীনা মযাংদগী নোংমৈ হিদাক লোথোকপা তুম ৪০ থুংলৈ। থানিল নোং ঈবাইদা[4] ইবুংশি কাহ্নাই ইবুংশি কালা ২মা ময়াংদগী লাকএ হায়হুনা নোংমৈ ৫বক কাপএ। যৌরক্তনা তোকএ। ১৬নি থাঙজদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ৬নি ঈরাইদা মবুথৌ পাথংবগী শংগাই কুমজাও হৌএ। নিংথেমম্বুং য়াংগোই কাযোংদা ঙাচাবা কুমএ। ঙা পুরক্তনা কোম্বুংগী থোইবু য়োইহৈ লৈমশিজ পুয়মক ঙা পীজৈএ। লোইশঙ পুয়মকম্বুং ঙা য়েল্লে। ককমবাই, মাংোমদা লোইশঙ থুন লিংহল্লে। ১৩নি নিংথৌকাবদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা বাদোক্তগী ওইনামচা ১ নাওয়েমচা ১—২মা য়োংহিং য়েথোক্তনা চেনখিএ থৌবুমদগী কাক্কএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা লে সাহেপ থোকলকএ। ২৫নি ইমশকৈশদা[5] চিরাইথোংগী লোলান

১। তাং ১৩।১।১৮৬৫ ইং। ২। তাং ২৫।১।১৮৬৫ ইং।
৩। তাং ১।২।১৮৬৫ ইং। ৪। তাং ১০।২।১৮৬৫ ইং।
৫। তাং ২২।৩।১৮৬৫ ইং।

শণ্ডগাইএ। ২৭নি ঈরাইদা নিংথেমপা লে সাহেপকা কাণ্ডৈজ শানৈ। শজিকু থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২নি ইমশকৈশদা চিংথমগু দা নিংথেম কুমহুনা কৈ কায়এ। লে সাহেপপু কৈ কাপহল্লে। ৭নি নোংমাইজিংদা এহুং কাণ্ডৈজ-বুংদা পুল .জমাখন্দা লৈপাক্তগী মুক্তারা কৌবা থাংশাবা নিপা অহুনা নোংবৈ শাইএ। মানা শাবা নোংবৈ অহুবু মথন্না কাপ্পুনা রে ববু পোকথাইএ। মহাকমু শোকএ। শগোন ১মু শোকএ। লৈপাক মচা অমাক্ম নোংবৈ পান্দমহল্লে থাংশাবা অহুম মাগী লৈপাক্তা চঙথিএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা লে সাহেপ চঙখিএ। ১২নি ঈবাইদা মবুথৌ পাথংবগী শণ্ডগাই ইমজাও শণ্ডগাইএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা[1] বিষুব সংক্রান্তি ওই। চনম্বা তুলহোপকী কুম শক ১৭৮৭—১৬নি ইমশকৈশদা শজিকুগী পালোক ওই। ১৭নি শগোনসেন্দা হৈনৌখোংনেম্বীগী ওাংবংগী যুমদা থর্কী ভেন ভাহুনা মনাইজুপী ১ শোবাইশম নিপা ১ শোজুমা শিএ। ২১নি নিংথৌকাবনা লাইবিকয়েংবা লালোহিদং লোইদগী বারকএ। ১৮নি ঈবাইদা শিথোংগী পুমথো' ভকএ। থৈদোকএ, কংভয়ে হায়দুনা মমাশিজ নিংথৌ পোকপী কুমহুনা ২৫নি ঈবাইদা অমুক হুকএ। লৌরুংবা লোইশঙমু লিংবা হৌএ। কালেন থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৪নি থাঙজদা মথাশিজ নিংথৌপোকপীনা লৈপাক পুমংক্তা লোযননা কারকএ। ৫নি লংমাইজিদা[2] য়াথৌদা পুথ্রী ১ ভৌএ। ১৬নি শগোনসেন্দা' জুংশিং শল্লা শিঙ্গনা লানমী থোঙলেন ভেক্কুনা মী য'ম্না নললে। কোম্লেংবা কুংতি শিএ। মীয়াম থন্না শোকএ। কংলা, উত্রা, অহাংথোং, শামুথাং, লৌরুংশঙ, অয়োংবা লোইশঙ, ময়াং লোইশঙ শংশংয়োই লোইশঙ, পাংচ লোইশঙ শঙলুংশঙ, সিকাই লোইশঙ ১১ অসিমু ভেকএ। চিংনাং থোংনাং মশা ৩ ভেকএ। পুম্রক্তী য়ুম কৈ ঊ থাম্বু ভেকএ। ১৮নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি নিংথৌকাবদা শংলা হৌএ। ২১নি ইমশকৈশদা ইবুংশি নদীয়াচান্দনা[3] নিংথৌ শেমগে ভৌএ হাযহুনা বন্দি থম্বু থাথোকএ। পোংশংবা মেজোরদি কুমকিজা থাই। শোকচাও পোইলাদি হাংঙ্গদা থাই। ইংডা থা ঈবাইনা হল্লে। নিনিম্বুং পাল্লে। ১০নি ইমশকৈশদা ইংডাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি ঈবাইদা[4]

১। ক্যাং ১১। ৪। ১৮৬৪ ইং, চৈত্র ৩০ চড়কপূজা। ২। ভ ২৬০। ৪। ১৮৬৫ ইং।
৩। ইবুংশি নদীয়াচান্দ—চৌর্জিৎ মহারাজগী মচা ইবু হৌ।
৪। ভা' ১৯। ৩। ১৮৬৫ আষাঢ় ৩।

ময়াশিঙ নিংথৌপোকপীনা বংশিবোদোন কৌবা লাই : লিংখৎত্তুনা ময়ৈরা বু লাংলো হায়না পীখিএ। ২৫নি লংমাইজিংদা ফাদেক্তা থম্বা মী ২৫ চেনখি। শক্রি তৌবা যাংতম ১ সিনাম ১- ২মা হৈথনহনুনা মোংমৈ ২ পুখিএ। অমাং থোঙদগী শক্রিগী নোংমৈ ১মু পুখিএ। বোম্মি শঙবা মীগী মথৌ ফনদিম কম লৌথোকএ। খুৎতি ৱৈয়ে। ২৩নি শগোন-সেন্দা মী চেনখিবা ২৫ গা নোংমৈগা লোয়ননা যাবকএ। থাশি নোং ঈরাইদা লোকপচিংদা নিংথেম কুমন্থনা কৈ ১ কায়। ইন্ডেন থা থাঙজনা হল্লে। ২নি লংমাইজিংদা[1] মক্র সাহেপনা নোংমাইজিংদা ইন্ফম য়েংএ, লৈহৈদে হায়হনা তোকএ। শনক্লেমথোংসু তেকএ। মী ১মু শন ১মু তাই। ৩নি নিংথৌকাবদা মুকুজিগী মচিনসু লম্বেল তুবৎনা চেক্রী উকু হুকএ। অদু মুমিত্তা প্রেপ তৌরিবৈদা অবাম হাও শাক্তুনা শন্দং ১ শামু মযা ১ কৎত্তুনা লোই হাগে হায়জনবদু মহাধাজনা য়াখিদে। কাংলেন চিংবদসু পুংফাও যান্দুনা থৈএ। ২১নি থাঙজদা ইন্ডেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবাল থা লং-মাইজিংনা হল্লে। অদু মুমিত্তা কোংবা মপান্দা থাগোকপমনা লৈনবু থৌবাল্লোংনা লাইকমনে কু তৌবী লৈ লেফরোই হায়বদু মাইবনা লাইফম নপ্তে হায়হনা লৈহল্লে। ৬নি লৈপাকপোকপদা লম্মীথোং মমাঙদা শামু ১ শিএ। ৭নি লংমাইজিংদা শিংজমৈ খোংনাং ভংথাই ১ তেকএ। হাওগগী সতী খোংনাংসু তেকএ। ৮নি নিংথৌকাবদা থৌরোইজমগী অপান পিবা শগোনতোংবনা ওইবদু লাল্লে হায়হনা মহাবাজনা পাংক্রাব ওইহল্লে। ১১নি শগোমসেনগী অহিংদা শঙাইশেন পাই। ১২নি ঈরাইদা মযাংদগী কাক পাইরক্তুনা ফুংগোইথিগী তেরাদা তোংলৈ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা শিংজমৈ থিংঙ্গেনগী খোংনাং তেকএ। ২৫নি ইমশকৈশদা থবালগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৭নি ঈরাইদা লানশোনবী নিংথেম পোকপীগী উ ১ তেকএ। ২৮নি থাঙজদা চাওপোক্তা নিংথেম কুমন্থনা কৈ ৫ কায়। লাংবন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১২নি থাঙজদা ফুংগোইবী শেংদোকএ। ১৬নি ইমশকৈশদা লাইথিংথৌ স্নামহিগী শৰিক মথোন হৌদে। ১৯নি থাঙজদা যুহারাটএ। ২৭নি থাঙজদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। থাশি নোং লৈপাকপোকপদা ফুংশিং হাক্লা শিংত্তুনা চিংনা খোংমাং মশা ১ তেকএ। কোমুংগী য়ুনজাওনচি বা লোইশঙ থরা তেকএ। পাংচলোইশঙ, শনলুংশঙ, ২মা তেকএ। উজাগী নাতান

১। ৬। ২৫। ৩। ১৮৬৫ ইং।

১ তেকতুনা মাইস্নাম ভান্দ্রসিং উনা লোকএ। মেমা থা ইমশকৈশনা হন্নে। লৈকাই ৪মন্নুং কোন্নুংন্নুং লেন তাই। ৪নি লংমাইহিজিংদা চাওপোক্তা নিংথেম কুমহুনা কৈ ১ কায়। কাক তানবদা ইরুংবা কৈদা হজবু থোংমৌশাবা লান্দুনা কৈদা হুমিং ৫নি ওমএ। ১১নি লংমাইজিংদা কাংওবা থঙ্গাল অপানবা শঙলাকপা ময়াংদগী চেকশানবা কোন ১ পুবকএ। থানিন নোং ইমশকৈশদা থা শানা যংএ। মুহাম্নুং হাই। ২৭নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিথাঙ্গ থা ঈবাইনা হন্নে। ৫নি লংমাইজিংদা মুমজাও শ্হৌএ। ১৭নি লংমাইজিংদা কাশি লৈবাক্তগী পান্দুব কোবা লম্বোইবা ২না শন পুমনা ঙৌবি ৫ লাবা ১ হাম্নেং ৩ পুবকএ। ২৩নি ঈবাইদা অয়া, সোবা, ২মনা মহারাজদা ননাইশিং মাইবা লোইশঙনা তিন, লাই, ইরাং থৌনিবা পুম্নমক্তুং চুমদবে হায়না মহারাজদা হজংলকখবা মনা মাঙদা মাইবা শঙ পুম্নমক্তা অয়া, সোবা পুম্নমক্তা লাইনিক কাক্তুনা থিচাক তৌনবদা মাইবা শঙনা তিন, লাই, ইরাং থৌনি লাইরিক্তা লৈবা ইম্না তৌরমএ। অয়া, সোবা ২মানা লান্নে হায়দুনা সুং সোবামদি শঙাইম্রোবগী অরাম্বমগী মথেনশিঙদা মবুথৌ ইবুংঙো গরিবনিবাজনা নাথৈ পীরমএ। ১ম্নুং লাইরিক লাইও শেমদমএ হায়দুনা লাইরিক থোমগংতুনা শেমলম্বা লাইরিক মথৈ চৈরাওবা অয়া-সোবা ২মক্তী মথুংগু চাংথাকএ। সোবা বৈক্তবনা লাংলম্বা মরাও-লৈমাম্নুং সোগাম হৈরোক ভাবা শাক্রুপমগী কুংগানা লাংপনা চুমএ হায়হুনা লাইম্নুং পীখি। সোবানা শোইশেপ কহে দা লোই থাই। অয়া হেমচন্দ্রমি শঙ্গোনমাংদা লোই থাই। ২৭নি ইমশকৈশদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি শঙ্গোনসেন্দা মুহাবাই। পোরম্নু থা লংমাইজি না হন্নে। ৬নি ঈবাইদা বামোন ১মা ময়াংদগী লাক্তুনা মহারাজদা লুপা নিবনু ১৫০, পীবনু য়াংদে, লোয়োই হায়বদগী ইনথোকএ। অয়া ময়াংদা চঙখিএ। লমথাংদগী কোহুনা লুপা পীখি। ৭নি থাওজদা লেনন্নুং তাই। থানিন নোং থাওজদা কক-ময়াইদা নিংথেম কুমহুনা কৈ ৪ কায়। মাঙেপম্নু মতু মচা য়াওনা কুম্মে য়েংএ। ২১নি ঈবাইদা বেথটাগী মচানা ননাই মুগী লামহুনা মচা শেমদোকএ হায়হুনা মা কৈথেন্দা ননাই মুগীনে নাওতবী নিংথৌজাগীনে ২মা থুজোইনৈ। বেথটাগী মচাদি হৈয়োক্তা লোই থাই। বামোন হেমাংগোগী মমাওদি হাওজোংবদা লোই থাই। ২৫নি লৈপাকপোকপদা কুমখিদা কৈগা ইরোইগা শোকনৈ। ২মা শিমিথৈএ। ২৭নি শঙ্গোনসেন্দা পোয়হুগী সংক্রান্তি হৌএ।

২৭নি ২৩ পায়ে। ২৭নি ঈবাইদা যুহাত্তাইএ। ২৯নি লংমাইজিংদা ইবুংশি শামু হুম্বা সোগাইজাম্বা মেজোর ২মানা অমাং মকেং লোক্তগী শামু ১২ কাবকএ। রাকচিং থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২১নি লংমাইজিংদা অমা-সোবা ২মা লোইদগী কাবকএ। ২৭নি থাঙজদা রাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৯নি িংথৌকাবদা অমাং পোংশংবমদা নিংথেম ঙা চাবা কুমএ। কাইদেন থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৬নি নিংথৌকাবদা খোংগ্রাংবী ঈশিং কাম্ভ্না লৌ শেমএ। ১০নি ঈরাইদা কৌগাকচাও খোং তৌএ। ১১নি থাঙজদা মুক্তারাই। ১৭নি শগোমসেন্দা অমাং খোংহামপাম্বা লৈবা মাইস্নাম ১ খোকচোম ১ লৌবেশ্বম ১ রাহেংবম ১— ৪মা অসিনা পাঙন বেপারা ১ মৈতৈ ১ ইরোই লৈবা লাকপবু হাংলে হায়হুনা মাথোর ৪বু ভুয়্দা পুখিহুনা হাংলে। ২৬নি ল'মাইচিংতা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমদা থা ঈরাইনা হল্লে। ১নি থাঙজদা ওইনামবু পুখিবগী মনাইনে হায়হুম' লাইরিক খেংনববু লৈবমদে ওইনাম্না চুমখিএ। ৪নি নিংথৌকাবদা হুইদ্রোম উযান তাবগা লৌরেম্বম কৈরাও তাবগা চিংজারোইবিগী মপাম মুম্লৈএ। মবি খিনবদা হুইদ্রোমনা চুমএ হায়না চিংজাবোহবিগী মপাম ওইখিএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা কাংজবা দেরাম্না জিরি উমুংদা শামু ১৯ কায। ১৭তি যোল্লমএ। ২দি পুবকএ। ১৮নি লংমাইচিংদা শঙগোমশঙদা কানা কৌম্তোকমদা মীনাই ওইবা হাওনা মমল হনজরগে হায়ববদা মপুনা শেন লখা ২৫নে হায়। মনাইনা ১৫নে হায। চৈবাপ্পা বিচার তৌনবদা শাখি লৈতে ঈকপনৌও হায়হুনা ঈরুপনখদা মনাইনা চুমখিএ। অহু ভুমিত্তা পোংশঙবা মেজোর, খোকচাও পোইলা, ২মাহুং লোইদগী কারকএ। ২১নি ইংশবৈশদা য়াংগোইদা নিংথেম ঙা চাবা কুমএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা মবুথৌ পাখংবগী শঙ শানবা নিংথৌজাম্বা ১ হাওবিজম ১ ওইনাম ১ য়ুম্নাম ২ মাথোর ৫মা অসি শেন লখা ৩০। ৩০ পীহুনা লৈএ। কম্বান য়োং ভংনবা হাইরি ১ লখা ৩০ পীহুনা লৈএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি শগোনসেন্দা অতেং হাওনা পাঙন বেপার হাংলে হায়হুনা হাও অহু কাহ্নুনা সাহেব্তা পীখিএ। চন্দ্রখোং য়েনখুবাকপগী মনাই শেনজাবগী মহুত্তি থাঙজবনা হল্লে। মতুদি য়াওদে। শজিবু থা থাঙজনা হল্লে। ৬নি শগোনসেন্দা শঙাইশেল পাইএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা[1] চিংফু হৈকোন্দা পুখ্রী ১ তৌএ। ২৩নি

[1] তাং ৩। ৫। ১৮৩৩ ইং।

লংমাইজিংদা লাংঙথেন্দা নিংথেম কুমহ্নুনা কৈ চনবদা কৈ জেনখিহ্নুনা থৌনাওজম সিকাই ১ খোল্লমহ্নুনা পিএ। ২৭নি শগোনসেন্দা[1] বিষুব সংক্রান্তি ওই। থাইখ্বা বিনোদগী কুম শক ১৭৮৮—২৮নি ঈরাইদা শজিবুগী পালোক ওই। ২৯নি থাঙজদা বামোন শঙলাকপমগী শঙগাই তোম্বগী মাইবা শাবা কৈশা ফাংবুরেনগা ২মপু নিংথৌজম ১না থাঙনা য়াল্লমহ্নুনা চেনখিএ। কালেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। অহ্নু হুমিত্তা নিংথৌজাম্বা চেনখিববু ফাহ্নুনা পুখৎ-লকএ। ৩নি ইমশকৈশদা হবাইবমচা শঙলেন লাকপনা নিংছেনগী খুনজাওবোং হুকএ। ৬নি ঈবাইদা লুবাংশংবম মহাকলি মনাইনি হাযনা লৈবম্বু লুবাং নিংথৌ পুনশিবা শংবমনি হাযনা থিনবদা লুবাং নিংথৌ পুনশিবা শংবম ওইরমহ্নুনা লুবাং পুনশিবা শঙহনখিএ। ৮নি লংমাইজিংদা থাঙনা যাল্লগা বামোন শঙগাই পিএ। কৈশাদি ছিংএ। ৯নি নিংথৌকাবদা নিংথৌ ক্লাম্বদি থ্বাইবম্নদা হাংলে। ১০নি লৈপাকপোকপদা খুবাইজমচা পোইলাংনচিংনা সিফাই ৩০০ মোল্লু নাবা চংলে। ১৪নি থাঙজদা শঙ পানবা পুম্বক অসিনা কাইদনা চৈবাপ্তা রিপোৎ তৌহল্লে। ২৪নি ইমশকৈশদা নিংথেমনা তল পৌজগে হাম্বহ্নুনা কোকচাইদগী শামু হাইশনচিংবা শামু ৫ পুখৎলকপদা শামু ৪দি মী য়াওদনা কোম্বংদা অহিং কাখংলনএ। থাশি নোং নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। কালেন থাম্ব ১ পাল্লে। কালেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৬নি লংমাইচিংদা মন্ত্রি লৈকাইদা যাইঙং মচু মম্বা নোং চুই। পুক-চংতুনা মী য়াম্না শিএ। থা ৪দা লোমএ। ২৩নি ইমশকৈশদা[2] হুম্বিং যুংবা মতুং পুং ৩ তাবা হুংশিংকী পুংকমদা নিংথেম ম্না যাথং ম্না গোকুলসিং অতোন্দা মেজোব অযাম্বা চিপাম্বকুং. খোকচাও জগসিংকুং থাংজমচা মো-হনসিং, থৌদাবা, যহ্নু মথোখ ৫মা অসিনা লৈপাকী মীবু নিপা, হুপী নাই, শন থাজনা ইএ। লাইরিক নমিংদি বৌমতি নম্বব কৌএ। ইণা থা ইমশকৈশনা হল্লে। ২নি শগোনসেন্দা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম তিলেন সাহেপকা থৎনববু কলিকতাগী লাং সাহেপনা নিংথেম্বা চুমএ হায়বা লাইরিকপু থুংলৈ। তোপ ২১ নক্ক কপএ। ১৭নি থাঙজদা ঈশিং চাওযে। অবাংথোং শ্রীজিগী মমাঙ ২মা নমথাম্বহ্নুনা ঈশিং থুমএ। ২১নি ইমশকৈশদা লোংজমচা উকং পুবেন, পুখিবা, পোৎশংবা

১। তাং ১২। ৪। ১৮৬৬ ইং, চৈত্র ৩১ চড়ক পূজা।

২। তাং ৬। ৬। ১৮৬৬ বুধবার কৃষ্ণাষ্টমী ২৪ জ্যৈষ্ঠ।

হিদং ২মনা থৈবাদা য়ানবা হিরেন থুরলৈএ। ২৩নি ঈরাইদা ভবেন লৈ-হাওনুংবম মাওলসিং জমাদারগী কুংপাব্ত ফগোংপ'না মাখোয় অসিদি পুংমৈবদে পিথাক্নুং এনে হায়ৰনা য় পুয়া কাক্নুনা ফেনবদা জমাদারনা চুমলমএ। থংগোংপানা জারে হায়দুন লোইদা থাখি। ইঙেন থা ঈবাইনা হৱে হিন্দুং লাৎলে। ৪নি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা শ্রীগোবিন্দজীগী কালদৌশঙদা চুমথাং অঙাংবা থৱে। ১০নি লংমাইজিংদা কমেদগী ভাংথুন হাও শম হুবা কংদুনা ফাদোক থমএ। ১৩নি ইমশাকৈশদা কালেন শা কাবদা থৌপন শোইদুনা চৈবাপকী কমদোইস্থ থুনলাকপা চাংশম নিংথৌ চুংস্থ হুনবা কৈক্রু হুনবা, শগোলহুনবা হিদং. শাকংহুনবা ৪ম'গা ১০ম্না অসি কৈদা তুমএ। তম্না লৌথংপীএ ২৪নি লংমাইজিংদা নিংথৌ শেনবদা খম্বা নিংথেমগী শেংথক শেনখা খোংএ তাংজেংদস্থ পাথংবা থোকএ। থরাল থা থাঙনা হৱে। ৩নি নিংথৌ-কাবদা শঙাইশেল পাই। মৈবীস্থ কাপিস্থ পাই। ৫নি ইমশকৈশদা[১] থুইরঙন চেকী থোং বিষৈ। ৬নি শগোলসেন্দা থরানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি থাঙজদা হাহেংবম ২ যেলাংবম ১ কাবরুপম ১ নোংমৈ হুদুনা য়েংলমএ হায়দুনা থিনবব্ মাবজিংগী লাইশঙদা চাক চায়বদা কংদুনা পুরকএ। ২৩নি নোংমাইজিংদা ময়াংদগী ভুস্তান লৈবা থুরলৈ। ২৯নি থাঙজদা ইবুংশি চন্দ্রসিধান্তগী মচা ১ সোরেনশংবম মচা ১ হুরানমএ হায়দুনা ফাদোক থমএ। লাংবন থা নিংথৌবাবনা হৱে। ৩নি ঈবাইদা[২] চিরাইথোংদগী হৌনা চেকপন পালোইবা হৌএ। মংনাঙডা লম্বেনস্থ থংলে। ৭নি নোংমাইজিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি য়ুমশকৈশদা[৩] নিংথৌফি হৌএ। ১২নি ঈরাইদা[৪] হিরেন লাংএ। হিগী মখং থোংগাদবগী মাইবগা পানজিকা শংনৈ। নিংথেমনা মাইবনা চুমএ হায়দুনা মাইথব্ থোনংলে। ফিরোই তুনা পীএ। ২৫নি য়ুমশকৈশদা শিথোংগী লৈমনাই হুরবা উদা থোংগী য়ান্দুনা শিএ। মেরা থা লৈপাকপোকপনা হৱে। ৮নি য়ুমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি নোংমাইজিংদা[৫] ময়াংদগী ইবুংশি গোকুলসিং[৬]

১। তা: ১৫।৮।১৮৬৬ ই' শ্রাবণ ৩১। ২। তাং ১৪।৯।১৮৬৬ ভাদ্র ৩০।
৩। তা' ১৯।৯।১৮৬৬ ই' আশ্বিন ৪। ৪। তা' ২১।৯।১৮৬৬ ই' আশ্বিন ৬।
৫। তা' ২১।১০।১৮৬৬ ই কার্ত্তিক ৫।
৬। ইবুংশি গোকুল—মহারাজ দেবেন্দ্র চাকাহাবগী মচা ইবুংহো।

ইবুংশি কালা ২মানা নিংথৌ শেমগে তৌএ। থুরাইলাকপন্দা কাপ্পহনা তম্না চেনখিএ। সাহেপ ৫গা সিফাই ২০০ গা লাম তানবা লাকএ। লান তানবনে হায়বা খঙদহনা মৈতৈগা কৈনৌদা কাপনৈ। তম্না তোক্লরে। সাহেপবী সিফাই খরা শোকএ। ১৭নি শগোনসেন্দা সাহেপ ৩মগা নিংথেমগ দরবার তৌএ। খোকচাও অঙন্দাব মেজোর ১ লাইঞ্জম ১ ওইনামলোং থানা, খে'বুম থানা ২ মাগী সিফাই লানকমদা চেনখিবা মী পুম্নমা কাহনা পুমকএ। লানকমদা শিবা খোকচাও জমাদ্দাব, থুরাইবাকপন্দা য়ারে। থাঙেম্বনা থুম্নাম থুমৌদা য়ারে। অকোইজাম্বনা, ওাইখোংদা য়ারে। খৌদাম ১মা চোথেপুংদা যারে। নিংথেম্না কাঙলৈ শায়বরু সাহেপ ৩মশু যেংএ। সাহেপ ৩মানা নো'মৈ ছিদাক মেগজিং ২ পীরমএ। শাগোনম্ব খরা পীএ। ২৫নি ঊরাইদা সাহেব ৫মা চঙখি। ২৮নি নিংথৌকাবদা কাদোক্পী হুইবোংবা চেনখিএ। ছিয়াকৈ থা শগোনসেন্না হনএ। ৭নি ইমশকৈশদা বামোন বেকম্বা শিএ। ৮নি শগোনসেন্দা ছিয়াকৈগী সংক্রান্তি ওই। ১২নি নিংথৌকাবদা[1] চিংচাকুথোং লম্বেল থোরে। ১৩নি লৈপাকপোবপদা যাদোক্পী মী ৩ চেনখিএ। পোযম্নু থা থাঙজনা হনএ। ৫নি যুমশকৈশদা নিংথেম্না ৩মেং-২০ ২হংলা চংলে। ইঙৌবোক থৈশিন্দুনা লৌথোং তেংএ। ৬নি শগোলসেন্দা তন্থ'দা মোইবাংথেমগী মনাই মুংলেম্নম চম্ন অমা পৌবী য়াম্দুনা শিএ। ৮'ন থাঙজদা পোযম্নুগী সংক্রান্তি ওই। ১১নি লৈপাকপোকপদা লেন তাই। ৬ ই থাঙজদ।[2] দোলান কিৈহ। ২০নি যুমশকৈশদা লুবাং নিংথৌগী মচামচিংনা নোবশা শাৈ হাযহনা অয়াঙবা মী ২৭পু মথোং দাম্ম য়োংহিং চনলে। থা কৈথেন্দা লৈহনএ। নিংথেমচা ৭ বামোন ৯ যাওএ হায়হনা লঙলেন ৪মদা বন্দি থমএ। ২২নি ঊবাইদা ইরোই থবোবা ১ নিংথেমদা কংৈলএ। বাকচিং থা নিংথৌকাবনা[3] হলে। অথোকপা স্নবিদাম্বনা অবাং হাও থুং ওইহনা বা'বগাইদগী ছোনা লৈশাংথোং লম্বেল থোরে। ৩নি ইমশকৈশদা বামোন তম্রধোন শিএ। ৪নি শগোনসেন্দা বিবিগী মমাগী কীত্তোন তৌএ। নিংথেম্না তৌবীরে। ৭নি নোংমাইজিংদা[4] বাকচিংগী সংক্রান্তি ছোএ। ৯নি নিংথৌকাবদা হাবাইবমচা শঙলেন লাকপনা অবাং হাও থুং

১। তাং ১৯। ১১। ১৮৬৬ ইং আগ্রহায়ণ ৫।

২। তাং ২২। ১২। ১৮৬৬ ইং পৌষ ৮। ৩। তাং ৭। ১। ১৮৬৭ ইং পৌষ ২৪।

৪। তাং ১৩। ১। ১৮৬৭ ইং মাঘ ১।

ওইনহুম্না পোইরৌ লম্বেল[1] থোন্নে। শেগালম্বীস্থু থোন্নে। ১৩নি ঈরাইদা বাংখৈরাকপা ধন সিংগী ফুংগাগা রোশান্দোগী ফুংগাগা পিবা মুন্নবু স্না পুন্না কাক্তনা য়েংনবদা ধনসিং শঙ্গোইবনা চুমএ হায়রহুনা পিবা ওই। ক্ষেত্রি মচা ১বু নিপা ২না মরা লৈবা ত্রুপী লাময়ে ঐমা উই চায়রহুনা সাথি অহুগা ঊরুপনববু সাথি অহুনা হান্না কাওরকএ। ক্ষেত্রিনা চুমথি। ১৯নি শগোনসেন্দা শঙ্গাইশেন পাই। ২৮নি থাঙজদা য়ুহারাই। কাইরেন থা লৈপাকপোকপনা হুনএ। ৭নি নিংথৌকাবদা ইবুংশি বাংখৈরাকপগী মচা লৈথোমগী মনাইনা মীগী ময়ুম মৈ থায় হায়রহুনা লৈথোম্বু বাকচিংগৈদা থায়। ৮মি লৈপাকপোকপদা কাইরেনগী সংক্রান্তি ওই। ১১নি ঈরাইদা শঙ্গেন থোং চেক্না থোংথোং হৌএ। খ্বাইরম্বন থোংস্থু মতেক অমা শেমএ। ১৪নি নোংমাইজিংদা নিংথেমনা য়াবন্দা নোংমৈ পানদমএ। ১৭নি ইম-শকৈশদা থোংজাই হাওনা খুনগী হাও ১ হি চাবনে হায়রহুনা খুন পুন্নমক মায়রহুনা হাংলে হায়রহুনা খুংমাবদি হৈবোক্তা হাংলে। ১৯নি ঈরাইদা থোংজাই হাও ১স্থু চঙশোই থুমচাবদা খোংজাই ১না নোংমৈনা কাপথুরে খুংমাবা অহুবু তামাদা হাংনৈএ। ২৫নি ঈরাইদা লাকতোনগী থোঙ অকাংপবু ফুনহুনা অরাংপাংববমদা কাংলে। লমদা থা শগোনসেন্না হল্লে। ৫নি নিংথৌকাবদা লোংজাম্বা ফুনানবা লৌরুং পুবেন্না শেল্লৌ লময়াইদা লৌওল্লে। কাংওবা দেবানস্থু নিংথৌথোংদগী কৈ অমা কাবকই। ৯নি শগোনসেন্দা লমদাগী সংক্রান্তি ওই। ২১নি লৈপাকপোকপদা[3] নেপ্রা মেঙ্গোর শিএ। থাশি মোং শগোনসেন্দা য়ুহারাই। শজিবু থা ঈরাইনা হল্লে। অহু য়ুমিংডা নিংথেমনা য়ারন্দা জান শেমহুনা লাইবন কৌবা নোংমৈবু পান্দমনৈ। কম-পনীবুস্থু হন্দুনা লম ৪০০ দা লেপ্তুনা পান্দমহল্লে। নোংমৈ মকনা থরা থৈদোকএ। ৮নি ঈবাইদা[4] বিষুব সংক্রান্তি ওই। সোইবম বলসিংগী কুম শক ১৭৮৯—১০নি নোংমাইজিংদা শজিকুগী পালোক ওই। ১১নি নিং-থৌকাবদা শঙলাংমৈ মথাদা শগোনশঙ হৌএ। ১৪নি য়ুমশকৈশদা চৈরাপকী বায়েনবু নোংম মোংথদা লোইবা বাবু মহারাজদা হনজিল্লো হায়দোকএ। ১৬নি ঈরাইদা চংনিংলৈমগী মরম্না স্না চন্দ্রসিংবু লাইমমাই ওইহননবা লৈএ। ২২নি ঈরাইদা নিংথেম কুমহুনা ওইনাম শঙদুদা কৈ ১ ওক ১ কায়। অহু

১। তাং ১৪।১।১৮৬৭ ইং মাঘ ২। ২। পাং ২৬।৩।১৮৬৭ ইং চৈত্র ১৪।
৩। তাং ১২।৪।১৮৬৭ ইং চৈত্র ৩১ চৈরাওব।

ঋুমিত্তা ইবুংশি কবো ভাবগী মন্তবু শন হুট হায়দুনা মত্তু সোইবম চমুগা লোয়ননা অবাদা পাজিনখি। কালেন থাদি নোংমাইজিংবা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা হন্দুং হাও পোইরৌ লৈনাবনা ইরোই হাংতুনা চারমএ হায়দুনা খুবাইগী য়া থৈ পূংজাওদা হাও হাংনৈএ। অদু ঋুমিত্তা অবাং পুরুম্না কৈ ১ ফাবকএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা[১] মহারাজনা শ্রীভাগবত ভাবা হৌএ। ৭নিদা লোই। স্না লুপানচিংবা দান তৌএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা[২] কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু ঋুমিত্তা য়োংপোকপী পুঞী, য়ুমজাও পুঞী, য়াংগোন পুঞী, বৈতেনবী পুঞী, গোবিন্দগী পুঞী ২। ৬মা অসি তেংএ। চিংজকুথোং পুঞীসু হৌএ। ১৭মি নিংথৌকাবদা কৈরোই লাকপা পুয়মকপু পানা ৪মাগী চাংলোই হাপ্তুনা নাহারূপ শঙলেন মনীংদা লোইশঙ শাদুনা লালুপ কাহনখা হৌএ। ২১নি ঊরাইদা ময়াংদগী নোংথৈ হিদাক ২০২ হিদাক মেগজিং ১২ নোংথৈ মক লখা ১ থুংলৈ। ২৯নি থাঙজদা য়ুহাবাই। ইংডা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৩নি য়ুমশকৈশদা নোংছমশঙ হৌএ। ৬নি থাঙজদা[৩] ঙাংবম মহারাণী শিএ অদু ঋুমিত্তা শংকুবা থামা হুবিদায়না অবাং চামফুং হাওনা চৌরাই হাও হাংলে হায়দুনা চামফু হাও থুগাইকবা থুংলৈ। লোক্তাকসু বংলে। থা ডাংখদুনা ঙাক্র মকুবু মতুপ লেন্দুনা লোকমাইদা য়োল্লে। ১৬নি ঊরাইদা ইঙাগী সংক্রান্তি ওইএ। ইঙেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৪নি ঊরাইদা ভুবেন্দ্রা তিযাং চিংথদুনা মহারাজনা নোং লাউদুনা হি হোল্লে। ৭নি নিংথৌকাবদা খগোনশঙ শঙকাই। ১৫নি লৈপাকপোকপদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি ঊবাইদা[৪] মচা ইবুংঙো যুবরাজনা ঙাংবম চন্দ্র অমা খোইবোম চন্দ্র ১--১মা পুখত্তুনা লুহোংএ। ২৩নি য়ুমশকৈশদা মহারাজনা মবুথৌ পাথংনদা শরিক অচৌবা ১ কংএ। থবান থা শগোনশেন্না হল্লে। অদু ঋুমিত্তা ঙাহাপুংগী থোং তেক্তুনা বামোন মনাই হুপী ১ শিএ। ৫নি থাঙজদা থাদা থবানমিচাক চঙএ। ১৬নি ঊরাইদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি থাঙজদা[৫] কাংঙবমচা মেঙ্গোরনচিংনা তিরিদা কোর শাবা চংলে। ২৪নি থাঙজদা বাঙ্গোইদা মহারাজগা য়াওনা কৈ ৫ ফায়। কৈরুংবা য়াইরেক

১। তাং ৭। ৫। ১৮৬৭ ইং বৈশাখ ২৫। ২। তাং ১৪। ৫। ১৮৬৭ ইং।

৩। তাং ৮। ৬। ১৮৬৭ ইং।

৪। তাং ১৯। ৭। ১৮৬৭ ইং শ্রাবণ ৪ বৃহস্পতিবার কৃষ্ণা তৃতীয়া।

৫। তাং ১৭। ৮। ১৮৬৭ ইং।

শঙনা পোৎশঙববু য়াইরেক শংদা লেপ্পা কৌহ্নুনা থৌদাগনি হায়ববু পোৎশঙবদা য়াদহ্নুনা মহারাজদা হঙংলে। মসি য়াথং চৈরাপ্তা তৌনৌও হায়হ্নুনা চৈরাপ্তা বিচার তৌনববু পোৎশঙবনা চুমএ। মশঙগী চঙহ্নুনা থৌদাগনি হায়না লোইশিনখিএ। লাংবন থা ঈরাইনা হল্লে। অহু মুমিংতা শঙগাই পুনশিবগী মথাদা থোং ১ কাংহ্নুনা লুপাতানা কল্মে। ৫নি লৈপাকপোকপদা য়ুহারাইএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা শঙলাংমৈগী মনীং পুখ্রীদা লাই থোকএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি য়ুমশকৈশদা মংশালম্বমদা মহারাজ কুমহ্নুনা মসি খুৎনা কৈ ৫ কায। ফিরিংগি সাহেপদা মতু মচা য়াওনা কুম্মৈ য়েংএ। অহু মুমিত্তা বাদোক ১৫ চেনখিএ। তামহ্নুনা তমা কায়। ইরমগা কাদোক্তা পীশিল্লি। নোংমাইথেম্বদি ঈশিংদা শিএ। উশাবা জমাদার, য়েম্রেম্বম ১ থোকচাও ১ ছইরোংবা ১—৪মদি শুগ্‌দা লোই থাই। ২৪নি নোংমাইজিংদা য়ুহারাই। মেরা থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ২নিসু পাল্লে। অহু মুমিত্তা উশাবা জমাদার, য়েম্রেম্বা, থোকচাও, ছইরোংবা ৪মসু শুগ্‌দা লোই থাখিববু মমাশিক্তনা থামহ্নুনা গামোত্তা থুংএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা কাদোক্তা পীশিনএ। ৪নি ২সু পাল্লে। ৪নি য়ুমশকৈশদা পনচানোন ঠাকুর শিএ। ৫নি শগোনসেন্দ[1] পেষমচা পণ্ডিৎ শিএ। অহু মুমিত্তা নারোংবমচা য়োইবেন হনববু লমথাং থুলক য়াওনা পণ্ডিৎ থিন্দোকএ। খুমুজমচা শেলুংববু য়োইরেনহনবা থিনদোকএ। ৯নি নিংথৌকাবদা সাহেপ ১ থুংলৈ। ১০নি লৈপাকপোকপদা শঙাইশেন পাই। অহু মুমিত্তা চঙাংগৈদা হাও মুপী ১ শগোমা নেৎতুনা শিএ। ১১নি য়ুমশকৈশদা মহারাজগা সাহেপকা দরবার তৌএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা ওইনাম শঙ্গুংবগী কৈ ১ কায়। সাহেপসু কুম্মৈ য়েংএ। ১৯নি শগোমসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি ওই। ২০নি ঈরাইদা শামু য়াইসা লচুম তাহ্নুনা মী ১ শোকএ। ২১নি থাঙজদা সাহেপ চঙখিএ। মথাখোংদগী হৌনা য়াইস্কুল লমশাংদু শুগ্‌ য়োনা লমলোই। হিয়াঙৈ থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৩নি য়ুমশকৈশদা ওকশঙ, তমশঙ ২মা হৌএ। ১১নি ঈরাইদা থোকচাও চিরাই লাল্লুপ চিংবনা মনাও মুপী লৌএ হায়রহ্নুনা হাওজোংবদা লোই থাই। ২০নি থাঙজদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ।

---

১। তাং ৩। ১০। ১৮৩৭ ইং।

২২নি নিংথৌকাবদা[1] থৌরাগী অবোইতনা মচা ইবেম্মা পোকএ। পোয়হূ থা ইমশৈকেশনা হল্লে। ৬নি নিংথৌকাবদা মহারাজগী লোলাই হোংএ। মচা ইবুংঙো যুবরাজগী তমপাক যুমন্ত শঙকাইয়ে। থানিন লোং ইমশৈকেশদা নিংথৌ কি হৌএ। [2]৬মি লৈপাকপোকপদা সৌগাইতমচা মেজোরমচিংনা তখেলম্বা আওদ্দার মেজোর ১ থৌথোইজমচা অমেংপা হিদং ১—১মা লোই-নহূনা সাহেপতা লমগী বিচার তৌনবদা শুভ সাহেপনা কৈমাইদা য়ুংবা কিমালম্মুং তিপপাইদা য়ুংবা কিম্বালম্নু লাংলে হায়রনা স্তুভ সাহেপনা মথঙা শংচৈ। অমুদা লেন সাহেপ তেকী সাহেপ ২মাগা সৌগাইজমচা মেজোরগা কাংঙবমচা মেজোরগা থৌরোইজমচা হিদং, থোম্নাম জমাদার যুতুমচা মুকত্যার আস পূরমক তিন্নহূনা দরবার তৌনবদা থোরাক মরু চিনম্না কোনবা লমগী মথৈ য়েম্নবমএ হায়রবদা সাহেপশী লাইখিক য়েংবগু চুমলহূনা চিনম্না কোনবা লমগী মথৈ মৈতৈ নথোয়গী লমনে হায়রবদা লেম সাহেপনা সাক্ষি পীহ হায়হূনা থোংরোইজমচা অমেংপা হিদংনা তিপপাইদগী নুং চিন্দুম্বা পীনবদা চুমএ হায়হূনা য়াখি। চুংদি সাহেপনা পুথি। অদুম্মা লোইনখি। ১৯নি দ মাইজিংদা পোয়হূগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬নি থাঙজদা হূতামাই। ২৭নি লংমাইজিংদা তখেন চিরাংদগী কৈ ১ কাবকএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা শঙাইশেন পাই। বাকচিং থা শগোনসেম্মা হল্লে। ঈবাইম্মুং নোংমা পাল্লে। অদু মুনিডা য়াওদো মোরী থোংদা চেকী থোং হৌএ। তন্না লোই। ২নি থাঙজদা শঙাইশেন পাই। ৭নি শগোনসেন্না কালোক য়োংচিং চনবা মী ৫ চেনখি। অদু মুমিডা লোইতোংবমচা মুথিলার তামৈ নাবা চৎলে। ১৩নি ইমশৈকেশদা মৰাইবমচা শঙলেন লাকপা বাংথৈ মুথিলার ৫মমা চিংনা সিফাই ৪০০ লোয়ননা পাওম্মি নাবা চৎলে। ১৬নি ঈরাইদা[1] মেরাথো-চেকী থোং হৌএ। ১৮নি [2]লংমাইজিংদা বুলুন সাহেপ[4] ১ পুংলৈ। ২০নি লৈপাকপোকপদা[5] বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু মুমিডা থৌরাগী অহল অতোম চম্নুনা মচা ইবুংঙো সনাতোন পোকএ। ২৩নি ঈরাইদা মেরাথোং চেকী থোং লেংই। অদু মুমিডা লৈইনথবী চেকী থোং হৌএ। তন্না লোই। ২৪নি থাঙজদা কাংঙবমচা মেজোরনা লথিপুরদগী মোংমৈ ৮৫০

১। তাং ১৮। ১১। ১৮৬৭ ইং। ২। তাং ১২। ১। ১৮৬৮ ইং।

৩। তাং ১৪। ১। ১৮৬৮ ইং পৌষ ২৯। ৪। ব্রাউন সাহেব।

৫। তাং ১৪। ১। ১৮৬৮ ইং মাঘ ৬ কৃষ্ণা পঞ্চমী।

ওকলুবা থুংলৈ। ২৫নি লংমাইজিংদা[1] কাংলবমচা মেজোমনা থোংগ্রাংবী শোমোক থোনবা হৌএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা লমাখা মেবামা নোংমৈ ৫৫০ গা লোয়ননা থুংলৈ। ২৮নি ইমশৈকশদা[2] মক্র সাহেপ[3] মতুমচা লোয়ননা মখাংদা চঙখিএ। মা কাইথোক মনাওচুং সাহেপকী মতুং ইন্দুনা মখাংদা চঙখিএ। খাশি নোং ঈরাইদা লোইতোংবা সুবিদারনা ভাগৈ নাবং হন্নকপদা লমখাংদা হাওনা থুগাইত্তনা মৈতৈ ২ খোংচাই ৪ শিহৌএ। হাও খরা মৈতৈনা হাংলে। খোংজাইনা হাও মথোক ১৮ পুরকএ। মৈতৈগী নোংমৈ ১ খোমখিএ হাওগী নোংমৈ ২খোমলৌএ। কাইরেল থা থাঙজনা হল্লে। ৫নি ইমশকৈশদা হবাইবা শঙলেন লাকপনা অরাং হাও নারুবা থুংলৈ। ৬নি শগোনসেন্দা বাংঙবমচ মেজোর লোংজাম্বা মেজোর ২মা অরাংলমদা ভচান নাবা চংএ। ৮নি লংমাইজিংদা হুংথিলদা শঙাইশেন পাই। ১০নি নিংথৌকাবদা খাদা থরানমিচাক চঙএ। ১১নি ইমশকৈশদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি থাঙজদা য়ুহারাই। ২৯নি থাঙজদ লুশৈ কম কাই। শাম্মু ময়া ১ কংলৈএ। মহারাজনা লুশৈদা ভা ১ পীখিএ অহু ছুমিত্তা লোংজমচা মেজোর কাংঙবমচা মেজোর ২মনা চিংনা সিকাই ১০০০ খোংজাই ১০০০ মীচোই ৮০০ অসি লোয়ননা ভচান থুগাইকদ থুংলৈ। লান ১০ মাবকএ। বাংথৈমচা ১ থানাগী নেংদৈনা পান্দুনা শিএ খোংজাই হাও ২ শিবৌএ। লমতা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৫নি ঈরাইদ খোংশাং হৌএ। ৭নি লংমাইজিংদা[4] শ্রীগোবিন্দজীগী দোলান কৌন্থে খোং শাম্মু কৌন্থ। ১৩নি থাঙজদা শঙাইশেন পাই। ২৩নি ঈরাইদা সাহেপ মতু থুংলৈ। শজিবু থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৬নি ঈরাইদা মামলা শাকমদ কাংঙবা মেজোরনচিংনা লৈপাকা সিকাই লোযননা শা ভাল্লে। ১৭নি শগোলসেন্দা[5] নিঙ্থাইবাংতা অদা ভকা মৈতৈছুপী লোংজাম্বী ১ কাঙবী মো জাম্বী ১ খাঙেনবী ১ মুম্বাবী ১ থোকচোম মুপী ৬মা অসিবু অরাগা ভাংলৈ হায়রুনা কাহুনা গাবোংতা মায়েন জৌনৈ। অহু ছুমিত্তা শ্রীগোবিন্দজী শঙগাই। অতেংবা হাও ১ ময়াংদা চেনববু বাংথৈ নৈরাবা ভখেন লালুপচিংবন

১। তাং ১৯। ১। ১৮৬৮ ইং ম ম ৬। ২। তাং ১২। ১। ১৮৬৮ ইং।

৩। মক্র সাহেব—Major W. Mc Culloch.

৪। তাং ১। ৩। ১৮৬৮ ইং ফাল্গুন ১৯।

৫। তাং ৯। ৪। ১৮৬৮ ই চৈত্র ২৮ বৃহস্পতিবার কৃষ্ণা দ্বিতীয়া।

ফাহুনা পুবকএ। অমা কাদোক্তা পী শল্লে। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা গোষাই বাণী থোকলকএ। ১৯নি থাঙজদা[1] বিষুব সংক্রান্তি ওই। তাংখিবা কুর্ত্তিবাশিগী কুম শক ১৭৯০—২০ নি লংমাইজিংদা শজিকুগী পালোক ওই। ২৫নি ইমশকৈশদা ভঙান হান্না হাংহৌবা লাল্ পুহনলকএ। নোংমৈ ৬ শামু ময়া ১ অসি পুরক্নুনা কৎলে। অদু মুমিত্তা সৌগাইজাম্বা মেজোরন্দু শামু তানবা থুংলৈএ। নিংতোনবমচা ১ শামুনা শোক্নুনা শিএ। তাংশেপপা জোমান্দার মুম্বাবা জোমান্দার ২মা শামুনা শোকএ। শিদে, শামু ৩ ফারকএ। ১দি কাপ্নুনা মথা পুরকএ। ২৬নি থাঙজদা ময়াং ২ লাক্নুনা লমহুন পুংবা মীবু থাঙ থাহুনা লৌথোকপবু মী শি হাযহুনা তোকহল্লে। ফালেন থা শগোলসেম্মা হুললে। ৩নি থাঙজদা গোষাই বাণী চঙখিএ। অদু মুমিত্তা লিংজেংদা মী ১ ঊশিংদা শিহুনা লৈরমএ। ১০নি থাঙজদা নোংমৈকংঙম ১ খিযাম ১ পুত্রমবম ১—৩মানা ইবোই ২ হুরম্বু কংহুনা পুখৎলকএ। সাহেপনা কোম্নুদা চঙহুনা মীগী মঙং উত্রা মমাঙদা ভসপের নমখিএ। ২১নি ইমশকৈশদা ফালেনগী সংক্রান্তি ছৌএ। অদু মুমিত্তা কোইবেমকৈদা মী ১ থক্কী তেম্মা[2] থাহুনা শোকএ। শিদে। ইঙা থা থাঙজনা হল্লে। অদু মুমিত্তা ককচিংগী ক্ষেত্রিমযুম নিপা ১না মনাওমুগী হাংলমহনা অরাম চেনখিএ। ১নি লংমাইজিংদা ইশোকতা ঈমনাম মোইবুং খাংবগী মদা ১ হৈনৌ হেকপদা তাহুনা শিএ। অদু মুমিত্তা থৌবাণী লাংজাম্বীবু মপামদা থাখিএ। ৮নি ঈরাইদা মুংশোং হাও ২না নিংথৌনগী ইবোই ছই হাযহুনা পুরকএ। থানিন নোং ঈবাইদা কংলা শঙকাই। ১৬নি থাঙজদা ফাদোক্তগী লাইশ্রম ১ তোকপম ১ চেনখি। ১৭নি লংমাইজিংদা[3] শনজেনথোং চেকনা শাবা লোই। ১৮নি নিংথৌকাবদা[4] শ্রীগোবিন্দজী য়াওনা থোং হোংএ। ১১নি শগোনসেম্মা থোং কৌই। ২৩নি থাঙজদা ইঙাগী সংক্রান্তি ছৌএ। ২৪নি লংমাইজিংদা থৌদামচা ১ ব'ইথোংদা মীনাই ওইববু তয়ুগী লাই বাংত্রেম্মা ফানথোং পাইরমএ হায়হুনা পুখৎলকএ। ময়া য়াথং লাইগী মনাই ওইহল্লো হাযহুনা পীখি। ২৮নি শগোনসেম্মা ফাদোকী লাইশ্রম ১ তোকপিয়া ১—২মা ফারকএ। ইঙেন থা লংমাইজিংনা হল্লে। ৫নি শগোনসেম্মা[5] কৃষ্ণবলরাম ১মা নিকপন তৌএ। গোপালজি ২মু নিরূপন

১। তাং ১১। ৩। ১৮৬৮ ইং চৈত্র ৩০ শনিবার কৃষ্ণচতুর্দশী, চড়ক পূজা। ২। থক্কী তেম—বস্ত্র।
৩। তাং ৭। ৬। ১৮৬৮ ইং। ৪। তাং ৮। ৬। ১৮৬৮ ইং। ৫। তাং ২৫। ৬। ১৮৬৮ ইং।

তৌএ। বামোন গোসাইদা রাধা যুগল পীখিএ। বামোন কৃষ্ণ রামদম্ রাধা যুগল পীখিএ। মাই অসি নির্দেশ তৌবদি চুংথামচা লোংলানা তৌএ। ৬নি ঈরাইদা লাংথবান কোম্বুং হৈবোকচিংদা কৈ ১ ফার। সাহেপস্থুং কুচৈ য়েংএ। অদু মুখিত্তা থমতোং ১ কাংপোং ১ ময়পেংশা ১ লোংজাও ১ কুহাং ১ লমপুই ১ হাইখি মোংবা খুদৌ খুলেন ২মা কোংগান ১ ফপনেং ১ লংতং ১ লংলি ১ চাহোং ১ তানহোং ১ খুন ১৭মা অসি লাক্‌না লোই হাবৈএ। ১২নি ইমশকৈশদা শনজেংবগী তুরেন্দা হাও ১ শিএ। ২০নি ঈরাইদা[1] নিপা ৭ নিংথম শমজিন চিন্দুনা সাহেপনা তসপেম নমএ। অদু মুখিত্তা ককচিংদগী শন মচী ৩ পানবা পুখংলক্‌না কংলৈ। ২৫নি ইম-শকৈশদা ইতেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবল থা নিংথৌকাবনা হমে। ১০নি ইমশকৈশদা মাঙোপ্তা তিদান থাহনা কুচৈ য়েংহমে। ১২নি ঈরাইদা ঝ্লোনগী কুচৈ য়েংবদা শ্রীগোবিন্দগী মাঙোপ্তা পাংতন মুপী ১ চঙলমএ হায়হনা মাঙোপ লাইশঙ প্রাচিং তৌএ। বামোনগী ইনদম্বুং চঙএ হাযহনা প্রাচিং তৌএ। ২২নি নিংথৌকাবদা মহারাজ লাংথবান কোম্বুংদা থৈবোং চাবা কুমএ। ২৭নি থাঙজদা মমাশিঙ্গা নিংথৌপোক্‌পীনচিংনা যোইবু য়োইহৈ পূরনক অষ্টম অথৌ য়াওনা লাংথবান কোম্বুংদা থৈবোং চাবা কুমএ। ২৮নি লংমাইজিংদা[2] থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু মুনিত্তা কাংঙবা মেপ্পোরনা কাইনাদগী কৈ ৩ ফাররকএ। ২দি থুংনা ফার। ১দি পাঙমা কাই। থাশি নোং লৈপাকপোকপদা মুমিং শামা কংএ। লাংবন থা ইমশকৈশনা হমে। ২নি শগোনসেন্দা কাংঙবা মেপ্পোরনা কাজাইদা থাংডেনচিংবা চংলে। বামোন বাজপণ্ডিংকী মনাইবু তেলি তোম্বনে, তেলি অঙোনে সেকমাই মুপী ১নে ওমনা শেকমাই চন্দ্রখোংদা লোংলম্বরু কংহনা পুরকএ। ৪নি ঈরাইদা থা কৈথেন্দা লৈবা কপুষ্ট হাওবু মহারাজ স্না যাথং হয়াওহন্দুনা সাহেপকা লোযননা থেংমিয়ে। ১০নি শগোনসেন্দা[3] শঙ্গাইদা শ্রীভাগবত তাব। ৭নিদা লোই। ব্রাহ্মণ ১দা থুজাই ১০০ তোঙ্গাং ১০০ কিথোই অথবা ১০০ স্না লুপা শেন য়াম্না দান তৌএ। ২২নি ইমশকৈশদা চেকনা চাইথশঙ হৌএ। অদু মুখিত্তা জগিনিস্থুং মায়কৈ কোয়না চোংএ। ২৪নি ঈরাইদা উথোংশাংদা লৈবা লাই নোংপোক পাম্বোইবা মতৈ মনাও, লাইজিং নিংথৌ মতৈ মনাও ৪মা নুকম শাহনা মবু ইকুডো অহঙ্গুপ লাকপনা থিহৈ অদু

১। তাং ১০।৭।১৮৬৮ ইং। ২। তাং ১৬।৮।১৮৬৮ ইং। ৩। তাং ২৭।৮।১৮৬৮ ইং।

হুমিত্তা মাইবা, পণ্ডিৎশঙ ২মাদা থম্বা পুরানবু থাবম শঙলেম্দা পাইএ। ময়াংদগী মিশি উপ্ ১১সু থুংলৈ। চৈরাপ্তসু কৈরোইগী বিচার তৌএ। ২৭নি লংমাইজিংগী অমুক্তা মহারাজ থোক্লমা লোংজমচা মেঙ্গোরগা কাংবঙমচা মেঙ্গোরগা ২মকপু ভেংমাই লেপহন্দুনা হিয়াং তারে। সাহেপনা তসপেরা নমএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা লাইথোং মপান্দা কবো ময়াং ললোনবা থুংনবা শঙশাং ২ শাই। লৈবাই ৪ মাগী লম্বী শেম্বা হৌএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা কবো অঙম্বা ১ লাইবার থুংলৈ। থাশি নোং ইমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা শগোনসেন্না হনএ। ৩নি থাঙজদা শঙাইশেন পাইএ। ৪নি লংমাইজিংদা থুরাইজমচা কাংবুরেন্না অরাঙ্গপী ১ পুবকপদু মরানা তাম্বরক্লনা চৈবাপ্তা বিচাব তৌনহুনা মরাদা থুরাইজমচা কাংবুরেন্না লুপা ৭০ পীথিএ। চৈরাপসু লুপা ৩০ পীহুনা নযুম লৈপাক্তা হনখিএ। ৮নি শগোনসেন্দা রাসমণ্ডোনগী পুথ্রী ঈশিং পুম্নমক নৈএ। ২১নি ইমশকৈশদা লোংজমচা মেঙ্গোরনচিংহুনা অরাংলমদা চাত্রিক হাও নাবা চংলে। ২২নি শগোনসেন্দা সাহেপসুং ময়াং চঙখি। অছু হুমিত্তা ককচিং থুনৌদা থক্কী ভেম তাহুনা মুপী ১ শিএ। ১৩নি ঈবাইদা সৌ-গাইজাম্বা মেঙ্গোবনা থা কৈরুপকী মথে চাইরেন্দা শামু অচৌবা কাবা চংলে। ২৫নি লংমাইজিংদা অরা লাইবার থুংলৈ। হিযাঙ্গৈ থা ঈরাইনা চলে। অছু হুমিত্তা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২নি থাঙজদা শৌগাইজমচা মেঙ্গোরনা শামু অচৌবা লৈতহুনা হল্লকএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা মোম্বা হাওবু লুশৈনা অহিং কোয়হুনা হাংলে হায়হুনা কাংভবমচা মেঙ্গোরনা শিকাই ১০০ লোযনহনা লুশৈ লান তামথা চংলে। ৮নি ঈরাইদা লাল লাকএ হায়হুনা নোংমৈ ৫রক কাপএ। লান্দি লুশৈ ওইবমহুনা শোক্লবদা নোং-খোনবা কাংগী কুং ১ খোইজুমানগী লৈতাম্বেম্বা অওন্দার ১ নাহাকপকী স্নেলাংবা অওন্দাব অমা ৩মা শিএ। হাওদি চেনখিএ। ১২নি ইমশকৈশদা লাইভোন শেলুংবা মমা মচা যৈনৈ হায়হুনা মচাবু চৈরাপ্তা য়েহুনা লোলাইপাবদা থমএ। থানিন নোং থাঙজদা লোংজমচা মেঙ্গোরনা চাত্রিক মাবা থুংলৈএ। লান্দি চাত্রিক থুম্রাকপা য়াংশিন লেং চঙনা কায়। মহারাজনা কিয়োল অচা অথক পীহুনা থাবিখি। ১৮নি লৈপাকপোকপদা চিমাই থা থংবদা লোলাম মহুপ থরা কিহৈ। মী থরা শোকএ। ২৯নি ইমশকৈশদা লাইশ্রম থুলেন পোংশংবগী ইমুংদা কৈ ১ চঙলক্লমা ইরোবা, ভম্ব সিকাইগী গংগালিং

অওন্দারনা কারকএ। অদু থুমিত্তা ঙাংবমচা মেজোরম্সুং ময়াং চঙখিএ। ২৩নি লংমাইজিংদা সৌগাইজমচা মেজোরনা শামু তানবা চংলে। সাহেপস্সুং থুংলে। ২৬নি লৈপাকপোকপদা কাদোক ৬ চেনখিএ। ২৯নি ঈরাইদা য়েলাংবা য়েত্রেমবা ১ বাহেবম অমা ওমা কারকএ। পোয়দু থা লংমাইজিংনা হল্লে। অদু থুমিত্তা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ৫নি শগোনসেন্দা কাংঙবমচা থাংগান মেজোমনা হাও তাইবা হল্লকএ। ১২নি শগোনসেন্দা মহারাজনা লুরাংলোনদা থুন ঙাকনবা নোংমৈ ৫ হিদাক কাথা ১৫ নুং ১৫ পীখিএ। ওইনাম লোংদগু নোংমৈ ১৫ হিদাক কাথা ৩০ নুং ৬০ পীখিএ। কাংঙবমচা মেজোরনা লাল চংপদা সিফাই ১০ চেন্দুনা মহারাজ স্না মাঙদা য়েএ। অদু থুমিত্তা কৈন্দাইলোথোং জেবদা লাইনা লৈঙুংদা থোংএ কায়দুনা তোকএ। শমজেনথোংদু ১মক হৌএ। ১২নি ঈরাইদা সৌগাইজমচা বোলাই মেজোরনা শামু ৭ কাবক্কুনা থুংলে। ১৩নি থাঙজদা ওইনামলোং থানাদা হুইরোংবন-চিংনা কাদোকী মী ৩ কারকএ। থানিল নোং নিংথৌকাবদা ইবুংশি লোইথোম্বু শন হুই হায়দুনা অরাবন থাজিনখিএ। ১৯নি শগোনসেন্দা শঙাইশেল পাই। ২১নি থাঙজদা মহারাজগা সাহেপকা ২ মনা তাংখুন, মবিং কপুই ওমা অসি তসপের নমএ। থাশি নোং নিংথৌকাবদা পোযস্থী সংক্রান্তি হৌএ। অদু থুমিত্তা শঙাইশেল পাই। বাক্ছিং থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৫নি থাঙজদা মহারাজনা মনাও ইবেম্মশিং য়োইবু য়োইহৈ পুমমক য়াওনা কংলাদা চুপ শাই। ৭নি নিংথৌকাবদা শগোম য়াইশ শিএ। অদু থুমিত্তা কাংঙবমচা মেজোরম্সুং মোম্বা হাও শেম্বা থুংলে। ৮নি লৈপাকপোকপদা লুশৈনা কাক্ষবা মোম্বা হাও মুপী মমা মচা চেনলকপা থুংলে। ৯নি ঈমশকৈশদা অরাদা মৈতৈ মুপী শেমএ হায়না থোকচাও মুক্তাসিং, নাত্রা ২মানচিংনা মী ৭ য়েএ। ১৭নি শগোনসেন্দা কাঙবমচা মেজোরনচিংনা সিফাই ৬০০ থোংজাই ১০০০ লোযনদুনা ঙাম্বিমোনলোম নাবা চংলে। ১৯নি থাঙজদা হৈস্নাম লাইরেম্মা পাম্বোইবি মন্দিংদা কৈমু ১ উদা কারমদুনা মহারাজ স্না থুংনা কাই। ২৮নি লংমাইজিংদা[1] থুমিং তাগদবা পুং ৩ লৈরিঙৈদা মুহারাইএ। বৈথোকী দোলান কিন্দুনা ওক ময়ুমগী বামোন ১ হিজব ফুজাগি মচামুপী লৈশাবী ১, বামোন মনাই মুপী ১—ওমা দোলাম্না নন্দুনা শিএ। লাকতোন চিরাইথোং কোম্বুংগী কারাইবোম অমাম্বা থিহৈ।

[1] তাং ১০।১।১৮৬৯ ইং ২৮ পৌষ।

মমাশিঙ্জ নিংথৌপোকপী শংগাইমুং মগুং মগুং ককথায়, লৈপাকমুং নমথৈ। লৈঙ্কুম্দগী ঈশিংগা লৈঙোইগা লোযননা চোংথংলকএ লাইযিংথৌ মোংশাবগী লাইশঙমু, গুমাংসুং ককথায়। ঈশিংগা লৈঙোইগা লোইননা পেয়ে চোংথংলে। লৈপাকমুং নমথৈ। শিংথা মবিল, লুয়াংই মবিল তুরেল অমনবা মবিল অসি ভম্মক ঈশিংগা লৈঙোইগা লোযননা পেবে চোংথংলকএ। শ্রীরাধা-গোবিন্দ ২ম্ম মোলান কিম্বত্নুনা স্না হবচাং শোকএ। লাম্মি থোং লৈপাকী মুমকৈ থবা তেকএ। অঙিং অত্থদা যুহা ১৫ বক হাই। ২৯নি নিংথৌকাবদা অঙিং ৬লক চাই। থাঙ্গি লৈপাকপোকপদা যুথক ১ হাই। মুমফাল তুরেল খৌবান তুরেন ইবিন তুরেন ৩মা লৈকু লৈমাই কিম্বত্নুনা ঈশিং খিংগংলে। খাইরম্বন চেক্কী থোঙস্ত্র লৈপাক পুম্মাগী যুরা দোলান কিষ্কৈ। খাইরম্বনগী নাগ মবিন তৌবস্থ যুনস্ত্রিস্ত্র। লৈকাই ৪গী লখি খোং ককথায়। যুম তেকখিত্নুনা লৈপাকী মী খবা গুমাং থেলোংদা হুনিং ২নি ৩নি থৈত্নুনা লৈএ। ফাইবেন থা ইমশাকশনা হল্লে। বাকচিংগী সংক্রান্তিস্থ হৌএ। অত্থ মুনিত্তা যুহা ৪বক হাই। যুহা খুদিং নিকথোকপগী চৌংগী লোক ঈংহৌবনা ইম্ফাল তুরেল, ইবিন তুরেল, খৌবান তুরেন, শিংথা, লুয়াংই তুরেল পুম্মনক ঈশিং হৌএ। ৩নি ঈরাইদা মাইস্না নোংথোনবা শিএ। খৌবাণী চাংথা অহনস্থ মপামদা থাই। মাইস্নানচা পাপু মেঙ্গোরস্থ ইস্তোকএ। ৪নি লংমাঙঙ্গিংদা অঙিংদা যুহাবাই। ৫নি নিংথৌকাবদা ১মক হাই। ৯নি ঈরাইদা অঙিং ১বক হাই। ১২নি নিংথৌকাবদা সাহেপ ২বু লুশৈনা হাংলে হাযত্নুনা মহাবাজবু লুশৈ নাশে হায়ত্নুনা লাইরিক থুংলৈ। অত্থ মুনিত্তা মাইস্নামচা অবাংপুরেনবু নোংথোনবা হাপএ। ১৪নি ইনশকৈশদা থমপাংতা অবা কাথংলকএ হায়ত্নুনা পাঙ্ক থুংলৈ। ২০নি নিংথৌবাবদা লোংজমচা মেঙ্গোবনা সিফাই ২০০ লোইনত্নুনা লুশৈ নাবা চংলে। ২৩নি শগোনসেন্দা খুম্বোং মেঙ্গোর, মাইস্নামচা শামু শেলুংবহন ২মানচিংনা সিকাই ১০০ লোযনত্নুনা থোমজিন্নে। ২৫নি থাঙজদা কাঙবা অথনবা লালুপচিংবমাচিংনা সিফাই ১০০ থোমজিন্নে। থাঙ্গি নোং শগোলসেন্দা ফাইবেনগী সংক্রান্তি হৌএ। শমতা থা ঈরাইনা হল্লে। ১৮নি নিংথৌকাবদা ময়াম্বু সেনাপতিনা-চিংনা লুশৈ নাবা চংলে। সাহেপস্থ চংলে। ২১নি শগোলসেন্দা কাংঙবমচা মেঙ্গোরমুং লুশৈ নাবা চংলে। ২৩নি থাঙজদা মচা ইবুংঙো যুবরাজনা লমাংদোংদা ময়াম্বুং সেনাপতি ফিরিংগী সাহেপ ২মা দরবাব তৌবা চংলে।

ভন্না হুন্নকএ। ২৯নি ঈরাইদা লাংঙথেম, পলেন ২মাগী মী ১০৫ অরাদা চেনখি। শজিকু থা লংমাইজিংনা হল্লে। অহু মুখিত্তা য়ুহাবাই। ৩নি লৈপাকপোকপদা মরাফু সেনাপতিমচিংনা, সাহেপ, কাংঙবা মেজোর, খুমোং, অয়াপুরেন মেজোব অসিনা লানমী ৫০০ লোয়ননবা লুশৈ মাবা চৎপপু লুশৈনা চেনখিহুনা লমথাংদগী হুন্নকএ। চেংকোক্তি থৌবুম ভানা পুশিল্লে। ৬নি ঈরাইদা লোংজমচা মেজোবনা কাখিরোম্মা লুশৈ হাওবু থুগাইরুবা থুংলৈ। ৯নি নিংথৌকাবদা য়ুহারাই। ১৩নি ঈরাইদা ভিরি থানাদা দেবীগী ফুরা শাবা হোঁএ। ফুরা শাকবদি সোবাম অয়াপুরেন খেরসিং, ভাংঙুরা ভৈগ্যাসিং ১ তেলহৈবা ভৌত্রাম ১ লৌক্রাকপা শজোইতাবা মচাহন ১—৪মানা শাই। ১৬নি লংমাইজিংদা পাওন হুপী অমা মনাওমুপাগা ওনৈ হায়হুনা নিপাদি কাদোক্তা পীশিল্লে। হুপী দি কৈথেম্মা খুজোইনৈ। ২৩নি লংমাইজিংদা বামোন কৃষ্ণগোপানবু শন হুই হায়হুনা মতুগা লোয়ননা ময়াংদা থাজিনখি। অতু মুমিত্তা মহাবাক্ত ম্না য়াথং থোংজাই হাওবু নথোয় অথৌ-অথৌবা চত্নুনা লুশৈ হাও শাক্ত হায়হুনা চৎখি। ২৬নি ইমশকৈশদা মবুথৌ পাখংবগী শঙ হোঁএ। ২৮নি ঈবাইদা খোংজাইনা লুশৈ হাও ৪৪ হাংলমহুনা মকোক ২ পুম্বকএ। ১দি মুংগোইবিদা চল্লে। নোংমৈ ১৬ তা ৬ থাও ৮ অসি কৎলৈ। ২৯নি লংমাইজিংদা বিষুব সংক্রান্তি ওই। মোইবাং চৈতন্যসিংগী কুম শক ১৭৯১। কালেম থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। পালোকনু ওই। ৪নি ঈরাইদা লুশৈ হাও লাকএ হায়হুনা সোগাইজাম্বা মেজোবনচিংনা লানমী ৪০০ লোয়ননা চৎলে। ৯নি লৈপাকপোকপদা কোনোক হুজবা শিএ। ১০নি ইমশকৈশদা উয়াজগী লশোইবা ১ লমশাং ইমনা দণ্ডবৎ তৌনা লাক্তুনা শ্রীগোবিন্দজী থুরুমলৈ। ১১নি শগোলসেন্দা বর সাহেপমা কবোলম লময়েংবা চৎপদা খুমোং মেজোর, মোইরাং অওলার, আগাবী সিফাই ১২ লোইনহুনা চৎলে। ইংথি য়োরবদা কবোগী অঙম্বা চৌকুশা, চৌকুশৌ ২মানাচিংনা সাহেপ কদৌবা লাকপগে হংলমএ লম য়েংগে লাকপনে খুমএ। অহুদা কবো অয়াবা মিনমএ। ১৪নি লংমাইজিংবা থাম্রম থাদোই থুম মশেল লমন থৌমবদ লমথাংদা ভানা থিম্নুনা লমন তোনবা শিএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা য়ুহারাই। ১৭নি ইমশকৈশদা অরাং লমলা থুমথোংবু শ্রীমতী মমাশিজ নিংথৌপোকপীনা হোঁএ। ২২ নিংথৌকাবদা মন্ত্রী পুমশিবগী মতু শঙগাই ইবেম শিএ। ২৩নি ইমশকৈশদা বরসাহেবনা

শোমশোক ইংথি মপাল্দা য়ৌনা লম য়েংলূবা পুংলৈয়ে। ২৭নি থাঙজদা নিংথৌজমগী মনাই নিপা বাংথৈময়ুম ১ মুপী ২ পুত্থনা অবাম চেনখিবনু কারক্কনা মীনাই নিপাদি কৈথেল্দা য়ৈত্থমা থাদোকএ। মুপীদি মপুদা থাখিএ। বাংথৈদি কাদোক্লা পীশিল্লে। ২৯নি নিংথৌকাবদা হৈবোংপোকপীদা নিংথেম কুমত্থনা কৈ চল্লে। নোংমৈনা পান্দুনা তুরেল্দা ওল্লে। হুমরাংনা থৌরি খুত্থনা মুপী মুপা অয়াম্বা কুম্মে য়েংএ। কালেন থা ইমশকৈশনা চল্লে। মলমাস ওই। কালেন থা ২ পাল্লে। ২নি শগোনসেন্দা কালেমগী সংক্রান্তি হৌএ। ৩নি ঈবাইদা য়ুহারাই। ৪নি থাঙজদা[1] সাহেপ কাংচুপ খুন্দা কাখি। ৭নি লৈপাকপোকপদা য়ুহারাই। ৮নি ইমশকৈশদস্থং হাই। ১০নি ঈবাইদস্থং হাই। ১৩নি লংমাইচিংদা শন্তুমদগী কৈ ৩ কারকএ। ২০মি[2] লংমাইচিংদা খ্বাইরম্বম অবাংথংবা থাংমৈবন পল্লি থুগাইত্থনা কৈথেল শেমএ। ১৩নি ইমশকৈশদা কোকচাইচগী কৈ ১ কারকএ। ২৮নি লৈপাক-পোকপদা মাইবা শঙলেন্দা থোকচোম মন্ত্রিময়ুমগী পিবা কুলধজগা গৌরচন্দ্র জমান্দারগা দোলাইপাবা হেমচন্দ্রগা, যোগসিং কুং ৪মা অসিগা, তাংলৈবা সুবিদারগা কুমুদসিং থাংজবা লালুপচিংলম্বগা কিশি নিংথৌশেনবা পাখং লাকপগা তুলশিদাম সুবিদারগা ৭মা অসিগা নাহা অহল মথং মনাও য়ুম্মে। মহৌরোল য়ুমজংবা কাক্কনা য়েংনবদা গৌরচন্দ্র জমান্দার দোলাইপাবা হেমচন্দ্র মাথোর অসিগী মপুনা হন্নমএ। তাংলৈবা সুবিদারদি মাঙশোং খুন্দা ওইশি। কিশি পাখং লাকপদি মপু লৈরমদে। শ্রীযুৎ সনা মাঙদা বিচার তৌনবদা পিবাগী মৈহৌরোন য়ুমজংবদা লৈরম্বনা চুমএ হায়ত্থনা লোইথিখি। অত্থু মুখিত্তা লৌক্রাকপম পাংশোই তাবা তুপাসিংগা জমান্দার লোমোন্দোগা ২মা থংনবনু মৈহৌরোন য়ুমজংবা কাক্কনা য়েংনবদা পাশোই তাবনা চুমএ হায়ত্থনা লোইথিখি। ইঙা থা ঈবাইনা চল্লে। অত্থ মুখিত্তা নিংতেন থোং খুদম তৌএ। পাচ লোইশঙদা থম্বা শেলুং অহৈবা তেনবীনা হুরমত্থনা কাদোক্লা পীশিল্লে। ৫নি নিংথৌকাবদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা লিবা লম্বীদা য়াথোন নয়ুমগী ইংখোল্দা কৈ অমুবা ১ কাত্থনা পুখংলকএ। অত্থু মুনিত্তা কাংকুম থানাগী নোংমৈ ১৫ হুথি হায়ত্থনা কাং শিকাইগী সুবিদার, জমান্দার ২মানচিংনা সিকাই ৫০ নোংমৈ থিবা চংলে। ১০নি থাঙজদা অথোকপা সুবিদারনা লময়াং হাও পুরক্কনা শামু ময়া ১

১। তাং ১৫।৫। ১৮৬৯ ইং। ২। তাং ৩০।৫। ১৮৬৯ ইং।

কৎলৈ। কম কাই। ১৭নি থাঙজদা শ্রীযুৎ স্না ম্নাথং চিংখম মাইমৈরাকপম শেখরা মযুমদি হুংকৈদা ওইখিরে। অদু তুমিত্তা স্না থেবগী মনাও অতোনবা মস্নাংদগী থোক্লকএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা থৌবানশাবন তোংবদগী স্না শাবা মুহোদার ওইবম্বানা থাইনা মবুথৌ ইবুংঙোশিংগী শেন চরাইরোংবা শেঙ্গা পামহৈবা শেঙ্গা মস্নাম্বা শেঙা ওমা তনা কংএ হাবদুনা মহারাজদা কৎলৈ। ২০নি লৈপাকপোকপদা মুহারাই। ২১ ইমশকৈশদা[1] থ্বাইরম্বম কৈথেন লাংএ। ১২নি শগোনসেন্দা[2] শ্রীগোবিন্দজী লাইশঙ হৌএ। থ্বাইরম্বম কৈথেনম্বুং হোংএ। কম্না কাহল্লে। ২৩নি ঈবাইদা কংলাদা য়োং ১ চঙএ। পাখংবাগী উমংদম্ চঙএ। অদু তুমিত্তা কয়েংদগী কৈ অমা কারকএ। ২৭নি থাঙজদা[3] তৌরাংবমগা অয়েকপমগা ওবৈ হায়দুনা হাওজোংবন্দ ওইখি ২৭নি লৈপাকপোকপদা[4] কলিকত্তা বর সাহেপনা নোংমৈ ১০০০ পীরকপা থুংলৈ। ৫০০ দি মমল পীখি। তোপ ২১মক কাপএ। ২৯নি শংগোনসেন্দা[5] জিশিদা সৌবাম খেলান্দ অবাং পুখেন, তাঙোম পুখৈ লানুপচিংবা, আনন্দ মুখ তেলহৈবা, তৌরাম নাহারাকপা, লৌক্রাকপা মখুং শগোনশঙ পুরনান্দ ৪মানা মুবা শারুবা থুংলৈ। থাশি নোং ঈবাইদা নুশৈ হাও ৩ লাকপা থুংলৈ। ইঙেল থা থাঙজনা হল্লে। অদু তুমিত্তা শ্রীগোবিন্দজী শঙ্গাই শঙকাই। ৬নি শগোনসেন্দা ইংগনগী সংক্রান্তি হৌএ। অত্তু তুমিত্তা শগোনরাইদা হাপএ। ১১নি নিংথৌকাবদা নুশৈ কম কাই। ১২নি লৈপাকপোকপদা লোইতোংবমগা পাওনংগা ওবৈ হায়দুনা হাওজোংবন ওইখিএ। মুহা ২মকম্ হাই। ১৩নি ইমশকৈশদা কোকচাইদা শামুমচা কাইবোক পোকএ। কম্না শিএ। ১৪নি শগোনসেন্দা কাং শিদোকপদা নিংথৌজম মচা ১ উনা শোক্নুমা শিএ। থানিন নোং ঈবাইদা থা শানা কংএ। ২২নি ঈবাইদা শ্রীপঙ্কযুক্ত লাইরেন মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা থুমুজমচা পূর্ণচন্দ্র সিংহ থাকন শেলুংবহন পণ্ডিৎতা লাইবিক নিংথৌরোল চাদ লাইহুই অবাংপা চনহল্লো হায়না স্না মাথং শিয়দুনা চিংতাখমচা চাওবতোন শমাংখেমচা গুরপান্দ খৌদামচা চাওবতোন ওমাবু কৌখত্নুনা চৈরাপকী অঙম্বা মচা ইবুংঙো বাংখৈরাকপা. মতোন ইবুংঙো মন্ত্রী. মতু ইবুংঙো মাইস্নামচা নুবাং নিংথৌ. মবাই ইবুংঙো চিংতাখমচা পুরন্দনা, সৌগাইজামচা মেজোর,

১। তাং ৩০। ৬। ১৮৬৯ ইং। ২। তাং ১। ৭। ১৮৬৯ইং।
৩। তাং ৩। ৭। ১৮৬৯ ইং। ৪। তাং ৬। ৭। ১৮৬৯ ইং।
৫। তাং ৮। ৭। ১৮৬৯ ইং।

কাণ্ডবমচা মেঙ্গোর অসি খৈবিকনচিংনা লৈপাক্কী অঙম্বা ব্রাহ্মোণ পণ্ডিৎ পূন্নমক শঙগাই মাঙোন্দা স্না মাখং কৌশিন্দুনা শ্রীগোবিন্দজী, মবুথৌ নোংশাবা, মবুথৌ পাথংবা, মবুথৌ স্নামহি লাই ৪মাদা স্না তাংগা ১।১ লুপা তাংগা ১।১ মাইবা শঙলেনগী গুরু ৩মদাসুং স্না শন ২ লুপা ১ কৎলে। শ্রীমতী মমাসিজদসুং স্না তাজ ১ কহ্নুনা থোব নিএ। শ্রীমতী মমা শিজনা নীংবা থুংনা ধাইকনা পাক্লো হায়না বর পীনৈ। লৈপাক্কী অঙম্বা ব্রাহ্মোণ পণ্ডিৎ পূন্নমক্তা ফিরোই শুনা থোরিহুনা লুপা য়েম্রে। হুমিং পুজা তৌএ। লাইথিংথৌ পাথংবা, নোংশাবা, স্নামহি লাই ৩মবু স্না কম্বাল লাংবু লিংখৎহুনা শংকলপ তৌনা সনা থোংনাং মনাদা নাম ইহুনা থোইরু থাওমৈ ৩ থন্দমহুনা থাস্লে। পূমুক্সমচা থাকম শেল্লুংবহন পণ্ডিৎনা হনবা থাওমৈ মকোনবা নামদা লোইহুনা তোপ কাপ্পুনা শ্রীস্না কম্বাল নিং "নাওজিংলেন নোংজ্রেন থোম্বা[১]" হাযনা হুল্লে। চিংগ্রাখমচা, শরাংথেমচা থৌদামচা ৩মনা লাইয়িংথৌ নোংশাবদা নিংথৌ ৩মগী নিংথৌরোন চল্লে। নিংথৌ ৮মগী চাদলাইহুই চল্লে[২]। শ্রীযুৎ মহারাজনা মাথোয় ৩মাদা লেঙদবা লৌ ২।২ পীজখি। স্না মুহোবগা লোয়ননা পীখ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজনা যুমজাও লাইবেম্মদা স্নাগী ক্যাংলিককাং ২ কৎলে। মবুথৌ পাথংবা মবুথৌ নোংশাবা মবুথৌ স্না লাই ৩মদা স্নাবুং ঙাংগোই, স্নাগী ক্যাংলিককাং ২ কৎএ। থাশি নোং থাঙজদা শনজেনবা পাজিমা হুমিত্তা গ্রহণ তৌগনি হায়রবু পণ্ডিৎশঙ অযাম্বনা তৌবোই হায়হুনা তৌদে। শনজেনবা পাজি কৈদা তমএ। থবান থা লংমাইজিংনা হল্লে। ৬নি ঈবাইদা কলেনকাকী ক্যা ২নচিংনা ঔরা ৪ মোংমৈ শিংগে লাকএ। নোংমৈ মমশি লুপা ৩ইনা পীগে হায়রবু লুপাদি লৌরোই নোংমৈ ৩ইনা পীরকও হায়রুনা হনখিএ। ৯নি নিং-থৌকাবদা থবালগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি ইমশকৈশদা ময়াংলম্বা লৌকংবনা মরালৈবা হুগী ঙাংনৈ হায়হুনা স্না কৈথেল্দা যৈএ। ২০নি ঈবাইদা[৩] মহাভাবত তাবা হৌএ। অছু হুমিত্তা নিংথেম মহুমগী মৈহৌবরোল যুমজংবহু ইবা হৌএ। ২১নি থাঙজদা মাইস্নাব ঋিপা ১না কৈথেল্দা হুগী তামৈ

১। মহারাজ চন্দ্রকীর্তি সিংহগী থবান থিংহন।

২। চাদলাইহুই—লৈতৈ নিংথৌ পোকপী মমাশিজশিংগী হৌমকবগী মবমদা ইবা লাইরিক।

৩। তাং ২৭।৮।১৮৭৯ ইং।

হায়দুনা কৈথেল্লা রৈএ। ২২নি লংমাইজিংদা শ্রীগোবিন্দজীগী থোং হাংখা য়াদদুনা হোরাইনা লেনখৎতুনা চাংএ। ২৫নি ইমশকৈশদা থূম্বোং মহুমচা অন্নাপূর্নেশ মেঙ্গোর কবোরম চৎলে। লাংবন থা লৈবাকপোকপনা হল্লে। ৫নি ঈরাইদা অঙোমচা লেলুংবগী মতুবু হুইত্রোম্বা ঐভা মিৎয়েং লাম্নৈ হায়দুনা থোরিথুন্দা লোই থাই। ১০নি ইমশকৈশদা[2] মাইবিবু পোৎলোই শেৎহন্দুনা সাহেপনা তসপের নএ। অদু মুমিত্তা কাংতবমচা মেঙ্গোরনা চৌকিদার ওইনা কোয়বদা লাইগী থোংনে, গারোৎনে, লাকথোংনে, মম্লুংগী চিরাইনে থোং ৪মা অসি লাইরেকএ হায়দুনা শস্ত্রী তৌবা মীবু রৈএ। ১১নি শগোনসেন্দ:[1] লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি ঈরাইদা কাংতবম কৈশাম থূল ২মাগী কুপী নিপা মাইবি য়াওনা লাইথৌগী পোৎলোই শেৎহন্দুনা সাহেপনা তসপের নএ। অদু মুমিত্তা লাইশ্রবা কুপাম্নুং ফাদোক্তগী ময়াংলম চেনখিববু কারকএ। ২০নি লংমাইচিংদা লৈশাংথেম থোংদগী কৈ ৩ কায়। ২১নি নিংথৌকাবদা সোরাইজমচা মেঙ্গোরনা থূনশেল্লা নিংতেন থুনৌগী য়ুম্লাক ৫ চেনখিএ। ২৪নি শগোনসেন্দা শঙগাইমচাদা কাবা থুরাইজম নিপা ১ চিংতবম নিপা ১—২মানা পোৎ হুই হায়দুনা ফাদোক্তা পীশিল্লে। ২৫নি ঈরাইদা থাংগ লৈমনাই নিংথৌনাই থুন ২মানা নমাই ঐথোয় হি তান্নজগে হায়দুনা তান্নহল্লে। ফাওরৈজ গূল্লা নাহল্লে। মুপীনা জগোই শাহল্লে। নিপানা হোই লাউহল্লে। নিংথেম্না থূল ২মক্তা লুপা ৩০ পীখিএ। অদু মুমিত্তা উচেকোল্লা শামু খিত্রাগা অরাংগা য়াখিদুনা শামু খিত্রা ময়া তেকএ। মেরা থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৩নি ঈরাইদা[3] নিংথৌকি হৌএ। ৫নি লংমাইজিংদা সোগাইজমচা মেঙ্গোরনা চাইরেল্লা শামু অঙৌবা তারকএ হায়দুনা শামু তানবা চৎএ। অদু মুমিত্তা লাই পুথিবগী পুথী কংএ হায়দুনা তেংএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা থোইরোম মচা ১ ইরোইনা মন্দুনা শিএ। ১১নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি লংমাইজিংদা সোগাইজমচা মেঙ্গোরনা শামু তানবা লৈতদুনা হল্লকএ। অদু মুমিত্তা কান্নজম পিত্রা ১ শস্ত্রী শোই হায়দুনা ফাদোক্তা পীশিল্লে। ১৮নি থাঙজদা ক্যাংগৈদা নিংথেম কুমদুনা য়া থুৎনা কৈ ১ কায়। ২০নি নিংথৌকাবদা মবুথৌ পাখংবগী শঙগাই হৌএ। ২২নি ইমশকৈশদা য়ুহারাই। ২৯ ইমশকৈশদা য়ুহারাই। থাশি

১। তাং ১৫।৯।১৮৬৯ ইং। ২। তাং ১৬।৯।১৮৬৯ ইং।
৩। তাং ৮।১০।১৮৬৯ ইং।

নোং শগোনসেন্দসু হাই। হিয়াঙ্গৈ থা ঈরাইনা হল্লে। ২নিহুং পাল্লে। ৭নি ইমশকৈশদা কৈনৌদা কাংঙবা মেঙোনবা কৈ ৪ ফায়। নোংমাইথেম ১ হিজম ১ থোকচোম ১ চিরোম ১—৪মা কৈনা শোকএ। শিদে। ৮নি শগোনসেন্দা[1] মহারাজনা কাঙজৈবু'দা শনজেনবা শান্নে। ১১নি নিংথৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা কাংঙবমচা মেঙোবনা লুশৈদা কোব শাবা চৎলে। অহু মুমিত্তা তাকলেম্মা লাই থোকএ। ১৭নি লংমাইজিংদা মহারাজনা কৌব্রুদা শামু তানবা চৎলে। ভেঙ্গোন মহুংদা পাঙল্লা লাইরেন ১ ফায়। শামু মচা ১ ফারকএ। ১৯নি লৈপাক-পোকপদা থুংলৈ। ২১নি ঈরাইদা[2] নিত্যাইবাৎ নন্দুল তারকপদা য়াম ভক্তগা চক্রি শেমএ। ২৪নি লংমাইজিংদা লুশৈনা মৈতৈ নখোয়গী মী ঐথোয়না হৎপ। লাপ্লে হায়হুনা লাইভোন গুনিদারগী মকোকনে, থাং খুল্লমনে, কোক্‌ কনে, শেনবুং ১নে শামু মথা ৩নে মোত্তা হাওমুবীনে অসি পুরক্কুমা নিংথেমদা কৎলৈ। অহু প্লমিত্তা খুহা ২৭৫ হাই। ২৮নি ইমশকৈশদা মহারাজ ফুংগৈদা ওাচাবা কুমএ। পোয়লু থা থাঙজনা হল্লে। ৬নি শগোলসেন্দা[3] ময়াংদা সাহেপকা কাঙজৈ শান্নবা চৎলে। ১১নি লৈপাকপোকপদা সাহেপহু চৎলে। চৎপা মীদি লংমাইথেম্বা চন্দ্রকান্তি, অহৈবম মধুসিং, কোংথা কেশো, থোকচাও নারাং, খামোন ফুরাইলাৎপম ননিক, য়েনখোম চাওবা, হিজবা অঙাংমচা শোরাইশনপাঙোনক্রব মচাহল, য়েলাংবা চৈতন্য হাজারী, য়াম্বেবা পেদামসিং, খামোন শান্দুরাইলাৎপম কাম ১১ অসিন। শগোন ৩৩ পুল্লুমা তুবা তুলিদা সাহেপকী মৈতৈ খুংকা পাঙল ১৩ শান্নবু সাহেপকী খুংতি পাঙল ১তসু য়াল্লবদা মী ৩ হাপ্তুনা শান্নবদা পাঙদ ২ য়াল্লে। অমুক ২ হাপ্তুনা শান্নবদা পাঙল ১ য়াল্লে। নোংমা সাহেপকা পাঙল ১৭ শান্নবদা পাঙল ১তসু য়াল্লবদা মী ৩ হাপ্তুনা শান্নবদা সাহেপনা পাঙল ২ য়াল্লে। ২মকৃমক্ মৈতৈগী কাঙ-জৈরোইনা ওনলকএ। অসি মতুংদা সাহেপপা নখোয় মৈতৈদগী লাকপা মশেন শান্নবো ঐথোয় কুম্মৈ য়েংগে হায়হুনা শান্নহল্লে। কপ্তান সাহেপনা মৈতৈ নখোয়দি য়াম্না হৈ, মুংওাইরে হায়হুনা লুপা ১২০ পীএ। শ্রীযুৎ মহারাজনা কাঙজৈ শান্নবা য়াওবা মীদা য়েনবিয়ে। নিংথেমনা লুপা ১০০ গা মোমমোব কোয়েৎ অমমমগা য়েনবিএ। ১২নি ইমশকৈশদা পোয়লুগী সংক্রান্তি হৌএ।

১। তাং ১১। ১১। ১৮৬৯ ইং। ২। তাং ২৬। ১১। ১৮৬৯ ইং।
৩। তাং ৯। ১২। ১৮৬৯ ইং।

থানিন মোং লংমাইহিজিংদা লমাবা দেবালনা কলিকতাদগী নোংমৈ ১০১৪ লৈকবা ৬২৪ দি কাংওবা মেঙ্গোয়না লক্ষ্মিপুরদগী ওক্রুবা থুংলৈ। ১৬নি নিংথৌকাবদা মূখৈ লাল্লারকএ হায়হুনা নোংমৈ ৫বক থাই। ১৯নি ইমশকৈশদা লমাবা দেবালনা নোংমৈ ৪০০ গা লোয়ননা থুংলৈ। ২৭নি শগোলসেন্দা ময়াংদগী নোংমৈ হিদাক মেগজীং ৫৫ থুংলৈ। ২৯নি থাঙজদা কার হাওগী মতোন লাল্লারকএ হায়হুনা খুম্বোং মেঙ্গোয়না তুপ্পুদা লান তানবা চংলে। সৌরাইজমচা মেঙ্গোবনা মোইরাংদা চংলে। অহু হুমিত্তা থিংবা পোইলা মাইস্নাবচা শেলুংবহন[১] ওমা মেঙ্গোয় থিন্দোকএ। বাকচিং থা নিংথৌকাবনা হল্লে। অহু হুমিত্তা কৌক্রুদা ময়াং মাউংনা লাং থাক্নুনা শামু ফাগনি হায়বরু ফাদনা হল্লকএ। মরৈবাক্তী হিলকাস্থ শাবা হৌএ। ৪নি শগোনসেন্দা লাইবিক য়েংবা লোইশঙ কাহল্লে। ৮নি নিংথৌকাবদা খুরাইতাবা লাইশ্রবা লমজেন য়াংবরু অরাং হাও লৈখুন তৌবনা তানা থিল্লমএ শিদে। অহু হুমিত্তা মোংবহনবদা উচেক লাংমৈ ১ নোংমৈনা কাপ্পুনা কায়। লাংজিংদস্থ শম্না মপু রাইহুনা শন্দি শঙ্গোমশঙদা পুখংলকএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা[২] সাহেপ থুংলৈ। শ্রীযুৎ ময়াংচন্দ্রগী মন্ত ১ম্থ সাহেপকা লোয়নহুনা থুংলৈ। তাকয়েন্দস্থং তাউরোইনাই থোকএ। ১০নি শগোনসেন্দা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। থানিন মোং নিংথৌকাবদা থা শানা ফংএ[৩]। ২১নি নিংথৌকাবদা নিংথেম তেথাওইবেন্দা ঙা চাবা চংলে। ২৭নি ঈরাইদা হনুমন্ত অঙ্গবাগ তৌএ। অহু হুমিত্তা পাঙ্গৈদগী কৈ ১ ফারকএ। ফিজবা কোনম্নাইস্থ কৈমা শোক্লুনা শিএ। কৈ অহু পুখংলক্নুনা লাইকম শঙলেন মমাঙদা থমহুনা নিংথেম মাওমা মীয়াম পুম্নক লম্নু পাইহুনা শাম্না মমএ। ফাইরেন থা লৈপাক-পোকপনা হল্লে। অহু হুমিত্তা নিংথেম মাঙ্গোই থোংজিন্দা ঙা চাবা কুমএ। ৩নি শগোনসেন্দা নিংথেম চাকা তাবগী[৪] মচা ১নচিংনা মী ২৫ ময়াংদা চেনথিএ। ৪নি ঈরাইদা নিংথেমনা চঙাংগৈদা কুমহুনা ঙা চামৈ। ৭নি নিংথৌকাবদা কাংওবা মেঙ্গোয়না সাহেপকা লোয়ননা অরাংলমদা লম য়েম্রবা

১। মাইস্নাবচা শেলুংবহন—শামু মেঙ্গোয় কর্ণে শাহ্।
২। তাং ১১। ১। ১৮৭০ ইং।
৩। তাং ১৭। ১। ১৮৭০ ইং মাঘ ৫ সোমবার পূর্ণিমা চন্দ্রগ্রহণ রাত্রি ইং ৭। ১৪। ২ সে গতে স্পর্শ, ১০। ৫২। ২ সে গতে মোক্ষ।
৪। নিংথেম চাকাতাবা—দেবেন্দ্র মহারাজ।

চৎলে। ১০নি ঈরাইদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা লাইশ্রবা রুপা মুবান্নাদগী ফারকএ। ১৬নি শগোনসেন্দা থোকচোম জমান্দাবনচিংনা নোংমৈ হিদাক মেগজীং ৬০ ছুবি উপু ২ থুংলেএ। ২০নি লংমাইজিংদা লোংজাম্বা মেজোর চিংঙাখম্বা থাকম লাকপা বামোন গোকুলো থুমজাও পুবেন মাথোয় ওমান্যচিংনা সিফাই ৫০ লোয়নননা অবাংলমদা লময়েম্বা থোমজিল্লে। ২৬নি থাঙজদা মভোন ইবুংঙো ঢাকা ভাবগী মচা ১ লৈশাং মেজোবগী মচা ১ বামোম ১—ওমানা চিংনা ময়াং চেনখিববু ওইন্যমলোং থানাগী মীনা ফারকএ। লমতা থা শগোনসেম্না হল্লে। অহু মুনিম্না শঙাইশেন পাই। ২নি ঈবাইদা[1] কাংওবা মেজোরনা সাহেপকা অবাংলম লম য়েম্বা চৎলে। য়ানদহনা হল্লকএ। ১১নি লংমাইজিংদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা মহাবলী ঠাকুর উৎসব তৌএ। লাই পাম্নবদি থুমুজমচা পূর্ণচন্দ্র থাকম শেলুংবহনবে, মহন্ত ওইবদি কৃষ্ণদাসনা ওই। অহু মুমিম্না পোংশংবম মেজোম শিএ। ১৪নি ইমশকৈশদা মভোন ইবুংঙো ঢাকা ভাবগী মচাগা লোয়নমনা চেল্লুবা মীয়াম পুন্নমক কৈথেন্দা যৈহনা থাদোকপীখিএ। বামোন্দি ময়াংদা থাজিনখিএ। লৈশাং মেজোবগী মচাদি ফাদোক্তা পীশিনলে। কৈ মচানা কৈদা থাখি। সিফাই মচাদি সিফাইদা পীখি। নিংথেম মচাদি অপাম্বদা থমএ। লজিবু থা থাঙজমা হল্লে। অহু মুমিম্না নিংঙোম্বম থৌবান ভাববু বামোন পুন্নিংবা থংনৈ হায়হনা অমা লোই থাখি। ৩নি নিংথৌকাবদা সিফাই সরদার পুন্নমাগা নিংথেম য়াওনা চিংজোন্দা নোংমৈ পান্দমহল্লে। ৪মক পালবদি লুপা ৪। ৪ পীএ। সবদার পুন্নমাসু থৌগন লাংগন পুন্নমকসু শজোম চুহি ম্যাম্না পীথকএ। ৫নি ইমশকৈশদা নিংথৌনগী চিংথং থোংলেন শেমহৌএ। ৬নি শগোনসেন্দা কাংওমুংদগী কৈ ২ ফারকএ। ৭নি ঈরাইদা[2] ক্রুন সাহেপনা[3] শন ১ হাত্তুনা চাগে তৌরম্ববু শ্রীযুৎ মহারাজনা তাবহনা কাংওবা মেজোরবু পীহনা সাহেপ। শ্রীথোয়গী ইবৈবাক অসি শন হাংপা থৌনদে হায়হনা শনগী মমল লুপা ২০ পীরমহনা শন্দি মহারাজদা কংলৈ। ১০নি লৈপাকপোকপদা[4] বিষুব সংক্রান্তি ওই। মাইম্না দেবসিংগী কুম শক ১৭৯২—১২নি ইমশকৈশদা

১। তাং ৪।৩।১৮৭০ ইং। ২। তাং ৮।৪।১৮৭০ ইং।

৩। ক্রুন সাহেব—ডাক্তর আর ব্রাউন, মণিপুরদা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্ট।

৪। তাং ১২।৪।১৮৭০ ইং চৈত্র ৩১ চৈত্রাওবা, চড়ক পূজা।

শজিবুগী পালোক ওই। সংক্রান্তিন্দ্র হৌএ। ১৬নি থাঙজদা লমাংদোংদগী লাই শানবা নুং ২ পুবকপা থুংলৈএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম যাওমা তুলি ২গী সিকাই অথনবা চীংগোম্দা নোংমৈ পাম্দমহল্লে। ১২নি ঈরাইদা চন্দ্রাব্দ শোক ১০৮২। শজিবু থা[1] ১০নি পানবা ঈরাইদা হাওমচা শাহুনা পোৎ লাকলমএ হায়হুনা কৈথেম্দা য়্যেএ। ২৭নি ইমশকৈশদা নিংথেম য়াওনা চীংগোম্দা বিজয়া গারোংকী সরদার নোংমৈ পাম্দমহল্লে। কালেন থা লংমাইজিংনা হল্লে। অদু মুমিত্তা কোম্বা অহমুগ্তা লৈবা ইবোইবা য়ুমজাওনা পাওন মুপী লৌএ হাযহুনা পাওন ওলহনখিএ। তমপাক যুম শঙলেম্দম্নুং লাইশ্রবা চাওতোন পাথংলাকপা মঙলাক্লহুনা পিএ। ৬নি থাঙজদা শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজ শ্রীমযাঙ্গুং সেনাপতি অঙৌপাম্বা লৈবাকী অঙম্বা পুপ্রন মোংথোন মেজোর সাজোর পুম্মক সাহেপ্তা লমগী দরবার তৌএ। মহৌশাগী কায়দে। অদু মুমিত্তা খুমনলম্বম খুনলোং শঙলেন লাকপা থোইস্নামদা চেনখিববু মতু তোলেনখোম্বা পিংঙবগা থোইস্নাম অয়াম্বগা খংনবদা ঙমদহুনা সমা মাঙ ম্নোরবদা শ্রীযুৎ সনা য়াথং মাইবা শঙলেম্দা তৌনৌ হাংহুনা শ্রীমচা ইবুংঙো বাংখৈরাকপা কমহুনা বিচার তৌনবদা খুমনলম্বমনা চুমএ হায়হুনা নিংথৌজাম্বা অহমুপ শঙখুবা শঙলাকপনা ওহরিডৈ খুমনলম্বম পাংশোই ভাষা পিবা মুংগানে হায়না পীখিএ। ৯নি নিংথৌকাবদা মরাম হাও ১ থাংগাবাংকী ঈশিংদা শিএ। ১৪নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি ঈরাইদা[2] তেবা কৈথেম্দা বিজয় গোবিন্দ য়াংনা হোঙএ। ২৩নি লংমাইজিংদা শ্রীযুৎ স্না মাঙদা মঙ্গুং কাংজৈবুংদা ময়াং মতু মবানা থোরি মথক্তা পাওশা তৌএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা নিংথেম যাওনা কাঙজৈ শামহুনা চৈজাপকী অঙম্বা ঠাকুরশিং পুম্মক তন থাঙজে। ২৫নি ইমশ-কৈশদা শামু কোকহাইবী শিএ। ২৬নি শগোনসেম্দা শেক্তাগী অরুবা অঙৌবনা কৈ ১ কারকএ। ২৭নি ঈরাইদা পুরুম্বা কৈ ১ কারকএ। ২৯নি লংমাইজিংদা শোবামগা নাওরোইবমগা ওংনৈ হাযহুনা হাওজোংবন ওইহনখি। থাশি নোং নিংথৌকাবদা মাইবা শঙলেম্দা সৌক্রাক লৌরুং পুরেন ওইরম্বগা অবা তাবগা ২মক পিবা মুমববু ঙমদহুনা শ্রীযুৎ স্না মাঙদা স্না পুষা কাক্নুনা ম্নেংনবদা লৌরুং পুবেনগী মপুদি লৈরমদে অবাচঙবগী মপু প্রেমমতি লৈরমএ চান্দদি বাংলে। হৌজিক্তি নঙনা চুমএ। মীরৈমীপুংদগী লাক্লবদি বা লৈরিএ

১। চৈত্র ১০।

২। তাং ২০। ৫। ১৮৭০ ইং।

হায়না লোইবীখি। লৌকংপুবেনগী মৈহৌবরোনদি চুমদে হায়দুনা মথুংনা চামথোকএ। ইডা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২নি ঈমশবৈশদা মাইবা শঙলেন্দা পুপ্ৰস্বমগা নাবোংবমগা ২মা মাতাকপ শঙলেনগী থোইবা মুমৈ। পণ্ডিৎনচিংবা অচ্চল লম্মন পুম্নমক্কা বিচাপ তৌনবদা যাদদুনা শ্রীযুৎ স্না খাঙদা স্না পুখা কাক্কহুনা যেংনবদা পুপ্ৰদ্বনা চুমএ হায়দুনা নাহারূপ শঙলেনগী থোইবা ওইখি। ৩নি লংমাইজিংদ' মোম্বা হাও থাংজবদু খুনযাইদা হাংলে হায়দুনা হাংপা হাওবু কাক্কএ। খুনয়াইদা মাবু ওমা হাংলো হায়দুনা পীখিএ। অদু মুমিত্তা মোইবা' পণ্ডিৎনে, থাংজবা পণ্ডিৎনে, লাঙ্গোজাম্বা কৌকংবা ওইরম্বনে মযেংবম বম্মী য়াইমা ওইরম্বনে ৪মনা স্না পুযা কংলৈবোন ইবদ পু থাংকম লাল্লে হায়দুনা পণ্ডিৎ মকম থাএ। খুমুজমচা থাকম শেন্দুংবদুমা পণ্ডিৎ ওই[1]। থাংজবা, মবেংবা, লাংগোম ওমাদি কৈথেন্দা পৌ তিংদুনা লং অত্তাত্তবা যেংলে। মাখোযবু মংকোণ্ডনা কমহল্লে। মোইরাং পণ্ডিৎপু যৈএ। ১১নি ঈরাইদা[2] শ্রীযুৎ মহাবাচগা শ্রীমতী মমা শিজ নিংথৌপেনকপীগা ২মকপু থৌবাখী চোংথা অচন মপাম থাববীনা থোইক্কনা মিত্তমলমএ। অদুদা যাওবা মীদি শোরোকথাইবম তোম্বু, পাওনা উচেক, হাওবম পাপু, থোংচাও থম্বান, চোংথাম মচা ১, থামোন স্না মনিক, শবিরৈমা, লৈমচাওবী, চোংথাম নিংথেমমচা ওংবী, মোইরাং মাইবী, বাহেংবম শানোইমা, পোংশংবী, ভুইয়েম্বা মুবিদার মতু, অসি মৈখিকপু কৌখংতুনা চৈবাপ গাবোং ২মা ২তমহুনা মাপী মংপী দণ্ডি মতিক ওকপা তৌদুনা শোরোকথাইবা তোম্বুদি শুয়, ওইহনখি পাওনা উচেকতি লেকমাই অবাং ওইহনখি, হাওবম পাপু, থোকচাও থম্বান, চোংথাম মচা ৩মানা কাদোক্তা পীখিএ। মোইরাং মাইবী, বাহেংবী শানোইমা, পোংশংবী, লৌগ্রাকপা খেলাগী মতুনে মাথোয় ৪না পন্দা থাখি। থামোন স্না মনিক, শবিরৈমা, চোংথাম নিংথেমচা ওংবী, লৈমচাওবী ৪মদি মথাংদা থাজিনাখ। অদু তুংগিত্তা গারোংকী মনীংদা পুপ্ৰী তৌএ। শক্ক হাক থবা লৈরমএ। ১৬নি লৈপংবপোকপদা হওাগী সংক্রান্তি হোএ। ২১নি লংমাইজিংদা নাংবোইবা কুংগী মচানুপীবু থামোন বাবী লীবদী মচানিপা যাইমগা তাঙমবদা মহাকশোল্লবদা কোজেংবা থামোন ওংবীনা অঙাং যৈথবদা মমা যাওনা শিরে। অঙাংনি অঙাং নচে হায়না তৌনরবদা অমেংপা লোইশঙ কুমহুনা যেংনবনু শিরবনিনা খঙদরে হায়নবদা থামোন

১। খুমুজাম্বা পূর্ণচন্দ্র পণ্ডিৎ অচৌবা। ২। তাং। ১০।৬।১৮৭০ ইং।

অতুগী মনাই মোইরাংথেম্বু থাং থাডন্দুনা য়েংবু অডাংদি চৌখরে মনাই মোইরাংথেম্বদি মপু ওইখিএ। বামোন্দি প্রাচিৎ তৌএ। মমা মাইবী ২মাদি দত্তি মতিক একপা তৌদুনা থাদোকপীখি। ২৩নি ইমশকৈশদা থাওবম থাপু, থোকচাও থম্বাল, চোংথাম মচা ৩মা কাদোক্তগী থাদোকপীখি। ২৫নি শগোনসেন্দা মকু ইবুংচো লুরাং নিংথৌ লাইপাম্নবা শিএ। নোংঈম তোপ, লংহুম, খুদোং য়াম্না কাপএ। ২৭নি থাঙজদা কাংজমুংদগী কৈ ২ কায়কএ। ইঙেল থা শগোলসেন্না হল্লে। ৫নি লংমাইজিংদা শিংথেমগী তোনতৌদগী লাই হি খুংলে। ৬নি নিংথৌনাবদা কোকচাইদা শামু মোইরাংশানা কৈ ১ ফায়। অহু মুনিঙা মোংবহনবা তোনৈ শবাবেনগী হিদেন্দা লৈমপোকপম নিপা ১না লিক চোয়া শিএ হায়হনা য়্নেএ। ১১নি থাঙজদা[1] কাংচবমচা মেঙোরনা লাইফম লাকএ। শৌরাইজমচা ডুলিহন মেঙোরনা অহমুপ লাকএ। ১২নি লংমাইজিংদা নাওরোইবা কুৎ এটবম্বগা বামোন মুগী ১গা চৈথাপ্পা ম্না লুপা লাক্কবু হুগীনা চুমখিএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা থা শানা যংএ। ১৯নি থাঙজদা ইঙেলগী স ক্রান্তি হৌএ। ২১নি নিংথৌকাবদা মীরৈপাকমচা লম্বোইবা ১মা উমংলাইগী কি তুই হায়দুনা ময়াংদা থাজিনখি। ২২নি ২ তুএ। ২২নি লৈবাকপাকপদা খুলাইনা মী যাম্না শিহনা পোংলোইবা ঙমদহনা লাংজিং, চডাংগৈ ২মদি প্লারেবকী অকাবা কুমহুনা পোংলোই। থুন ২মাদা শ্রীমতী মনাশিজ নিংথৌ পোকপীনা কৌ, ডা থুম য়েনবী, শন, ইরোই, শগোন, এক, য়েন লমগী শা মরাক ডাহনা শিএ। কুম কাংদুনা ডা তাডএ। ডাক্রা ১ভুপ লেন্দুনা য়োল্লে। ২৩নি ইমশকৈশদা নাপেৎ গোপীগী মচা অহন্না থাবনবিবী মতুবু লমজাওদগী কাহনা ময়ুমদা য়ৈ হায়দুনা চৈরাপ্পা য়্নেহনা কাদোক্তা পীশিনখি। অহু মুমিঙা থোকচাও দয়ানিধি, অয়াম্বা কুৎ ২থানা ম্না মুহার শাহনা কৈকোই থিরমএ হায়দুনা কৈথেল্দা য়্নেএ। ২৯নি ইমশকৈশদা নামোইজম লৈকাই থনবানা মাংঙোপ্পা কিজং থনবদা তাহনা শিএ। থবান থা ঈরাইনা হল্লে। ৬নি ইমশকৈশদা মাইবম পুন্নমক শ্রীযুৎ মহারাজদা নোং চুনবা বোর নিহনা হিয়াইকা কংলা ইথোং কাডনা লাই থুকন্বদা কুমগী নোংচুবা হৌএ। ১মুং নিংথেম্না ঐনা ইবুথৌ পাখংবগী থার মতুবু ওইরবদি থবান থা অসিদা হনবা কৌ অসিদি কালেন ইঙাদা তনবা কোগা মায়না শাংপা ওইডনো হায়না বর পীএ। ১০নি

[1] ১। থা° ৯।৭।১৮৭০ ইং।

থাওজদা বাংথৈবাকপা মেজোর শিএ। ১১নি লোংমাইজিংদা চিংফুদা লাইথোকএ। মুহাম্মং হাই। ১৩নি ঈরাইদা যোগন শিএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থা থাওজনা হনএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা কোজেংবা মচীন মনাও খংনদুনা মনাওনা ময়াম্বু থাংনা যাল্লে হায়দুনা মনাওবু গাবোংতা য়োংহিং চন্দুনা থমএ। ৭নি ঈরাইদা চন্দ্রখোংদা মুতুবা খেপারগী মতুম্ তাওবম কত্তবানগী মনাইনা ভাঙনৈ হায়দুনা মুতুবানা থৈদুনা শিএ। হাওবম তুরুপ লালুপচিংবগী মনাই য়েনশাং য়োনবী ১ম্বু শিএ। ১৭নি লংমাইজিংদা মুতুবাগী মতু স্না কৈথেল্দা থুংগোইনৈ। ১৭নি ২ ত্তই। ১০নি নিংথৌকাবদা লু-নাউ হিয়াং শাম্নবদা[1] নিংতোনবা স্না ওনবা নোংথোনবা তেংমাই ২মগী মখি সনা লুপা হাপএ হায়দুনা অনাম্মশঙনা কৈথেল্দা ফি পুথোকুনা লানমীনা মৈ থাই। ২১নি ঈরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১০নি লৈপাকপোকপদা তিদামচা শামুসিং অওজাব মেজোর শেনজমচা ভাচান তাংখুন নিংথৌ ২মানা কবোদগী চীংখমহুংদা থানবা চিংশুকু থাংলা, হৈনা কোন্দোল, খুজিনলা, মৈপো মৈথৌবী, কোনাপে, কোনা, খেউ অসি পুগকুনা থাই। ১২নি শগোনসেন্দা পিংবাই মেজোর শিএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা পুরুন কপ্তান[2] সাহেব থোরকএ। ১৯নি শগোনসেন্দা সাহেব কাওজৈ শাগৈ। ২০নি ঈরাইদা পুরুন কপ্তান স'হেপকা মৈতৈদা লৈবশ্না সাহেপকা ২মা কৈথেল কাহুনা পোং চৈ লৈএ। অহু হুমিত্তা নিংথেম মচা ২মনে লেপ কম্পণীগী লাইরেন ময়ুম ১ পানৈগগী থাংজম ১ মৈতানকৈশবম ১ নিংথৌখোংগী ময়াং অপশিং ৬ম। ময়াংদা চেনগে তৌবম্বু ফারকএ। নিংথেম মচা ২মদি থাদোকপীখএ। মংথোয় ৪'দ ফাদোক্না পীশিল্লে। ২২নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিত্তা নিংথেমগা সাহেপ ২মাগা লোয়নদুনা পাংগৈদা কৈ ২ ফায় ২৪নি ইমশকৈশদা থুরাইজমচা পোইলানা মেজোর ওই। ২৫নি শগোনসেন্দা পুলসি কপ্তান সাহেপকী মতু মৈতৈ নিংতোন পুশিনখি। অহু হুমিত্তা মৈতৈদা লৈবা সাহেপকা ময়াংদগী থোরকপা সাহেপকা ফাংওবমচা মেজোরগা ওমা ময়াং চওখিএ। চমপ্রাপোনম্বং শ্রীযুৎ স্না য়াথং লাইশ্রমচা শেলুংবাবু

১। লু নাউ হিয়াং শাম্নবা—ইমুগা ইচৌগা হিয়াং তাম্নবা লোক্তাক মপান্দ, তাবা থুনগা তুরেল মপান্দা তাবা থুনগা হিয়াং তাম্নবা।

২। কোপ্তেন ব্রাউন

লাইকন খুদিংদা চৈ থারক্লে। ২৬নি ঈরাইদা খু.ন্দামন্নাইদা লৈবা লম্বোইবা পরহংস ময়াং চঙখি। হিয়াঙ্গৈ থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। অহ্ হুমিত্তা লোংজমচা লাইমনাই ম্নামহি লাই শেলুংবগী মগুম্পী ১ থৌরি ম্নান্দুনা শিএ। ৩নি লংমাইজিংদা শ্রীযুৎকী বরনা ফৌ চহৈ চরোং ফানা শাৎলে। ৭নি নিংথৌকাবদা পুকপ্রিনা ফৌ চহৈদা শোকএ। অহ্ হুমিত্তা বামোন লাইমবুমগী ফুরাদা নোংমৈ শীংজঙ তাই। অর্থাৎ মাম্নকৈদম্রং লেন তাই। শমজেংলাবম নিপা ১ চাংথম ১ ইকংপম নিপা ১ থৌনাঙজম নিপা ১—৭মানা কমেং নিংচোল লৌএ হায়হ্না কমেংদা থাই। ১৩নি লংমাইজিংদা লিলোংদা পোংজাই ২ ঈশিংদা শিএ। ২০নি লংমাইজিংদা বাংথৈ চৌবীগী মতুং বামোন গুরুমযুম মোহোম্না লাম্লৈ হায়হ্না চৌনিনা থামোনগী মঙ্গাদা শঙন ইলে হাঙ্হ্না বাংথৈ চৌবীবু লিক লুগুন থোক্নুনা তুপ্ গুইহনখি। ২২নি লৈপাকপোকপদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৭নি লংমাইজিংদা ককচিং নিপা ১গা ইরুংবম নিপা অমগা ২মা কাদোক্লগী চেনখিবু ফারকএ। পোয়হ্ থা শগোলসেন্না হল্লে। ৯নি শগোলসেন্দা লোইংথামশঙগী নোংপোকথংবদা লখি থৌবার্গীগী লাইশঙ লাহ্না কোজৌনা কুপএ, মতোম্দা ম্না লুপএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজনা মাইবা শঙলেন ঙমগী পণ্ডিৎ হনজবা হিদং অহন লমন চাক পীজহ্না বর নিএ। ২১নি ইমশকৈশদা লাইশ্রম নিপা ১না থোচাম মমৌ থোকপা ১মাবু লৌএ হায়হ্না হাঙজোংবন গুইহনখি। ২৫নি শগোলসেন্দা পোয়হ্গী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি থাঙজদা মোদামচা শামুসিং অঙন্দার মেজোর ১ শেঙ্গমচা চাচান তাংখুন নিংথৌ ২মনা অহারম চঙ্না চাশংজা থানা শাথা হৌএ। বাকচিং থা ঈরাইনা হল্লে। ৪নি নিংথৌকাবদা বামোন গুরুমযুম যুহোনবু হাঙজোংবন্দা লোই থাই। কাংঙবম চয়্ নোঙ্গিহ্রং অহ্ হুমিংতা নচা নিপা ১ পোকএ। মপা থঙদরবগীদমক শঙশাং মচা গুইহনখি। ৬নি ইমশকৈশদা শ্রীমধুথৌ পাখংবগী লাইমাঙদা শ্রীযুৎ মহারাজ ম্নাঙনা নিংথৌজাগী থোইবা গুইনবা য়েনখোম, শিনাম, মযুনতাবা কৃতিধজ থাকম ঈমববু মবুথৌ পাখংবগী লৈমন পীথক্নুনা থা ঙগী সাক্ষী তৌহল্লে। সাক্ষী অহ্ তৌবদা ম্নাঙবা মীদি শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজ, মহু ইবুংঙো মাইম্নাম লুরাং নিংথৌ, খোবাইজমচা লাইকম লাকপা, যুম্নাম দেবান, লমাবম দেবান, হুরাইবম শঙলেন লাকপা, হাওবম শঙলেন লাকপা, নিংথৌজম শঙথুবা শঙলাকপা, শেলুংকমগী লোংজমচা শেলুংবা নাহা ১,

নিংথৌজমচা শেন্নুংবা নাহা ১ চোংথামচা মুহোদার, বিজয়া পারোংকী লোংজমচা তোপ মেজোর, কাংভবমচা মেজোর, মাইস্নামচা মেজোর, খুরাইজমচা মেজোর মাইবা শগুলেনগী খুমুজমচা পণ্ডিৎ, বাংখৈময়ুমচা পণ্ডিৎ, ওইনামচা পণ্ডিৎ, ভাওবেমচা অশৈবজনবা, নামোইজমচা য়োইবেন হনবা, লোংজমচা মাইবা হিদং, মৈকামচা অশৈবা হিদং, হৈখমচা য়োইবেন হিদং অসি পূন্নমক য়াওনা তৌএ। অদুগুম্না বাংখৈময়ুম মচা ১না মতৈমগা ওংনৈ হাযদুনা শগোনমাং ওইহল্লে। ৮নি ঈরাইদা খুম্বোংময়ুমচা মেজোর বনো লময়েন্নরুবা থুংলে। ১৩নি ইমশকৈশদা কাংভবমচা মেজোরগা বুরুন সাহেপকা ২মানা অরাংলম সিকাই ৩০০০ গা লোযনদুনা লম য়েংবা চংলে। অদুগুম্না মাইবা শগুলেন্দা মচা ইবুংঙো বাংখৈরাকপা ফমদুনা খুমুজমচা পণ্ডিৎনচিংবা শগুগী হজবা হিদং পূন্নমকী মমাঙদা অশাংবম পণ্ডিৎ ফুংগানা অশাংবম গোবিন্দসিং সেবক লালুপচিংবগী ফুংগাবু ময়াংনি হায়ববদা সেবক লালুপচিংবগী ফুংগানা পণ্ডিৎ ফুংগা নখোযদুন পুকমনি হায়না পিবা থৎনববদা শ্রীমচা ইবুংঙো বাংখৈবাকপা, শ্রীখুমুজমচা পণ্ডিৎ ২মানা য়ায়াং য়োববদা চৈরাপকী শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজনচিংখা অঙম্বা পূন্নমক বিজয়া গাবোংকী শ্রীময়াম্বুং সেনাপতিনচিংবা মেজোর সাহেপ পূন্নমকসি য়াওনা শ্রীযুৎ স্না মাঙদা বিচার তৌনবদা সেবক লালুপচিংবগী ফুংগানা চুমএ, অসুম চুমলবম সাক্ষী য়েংনখিশে হাযদুনা য়াওবৈনিদা লাইগী মচুম পীথকুনা লাইগী সাক্ষী থা ৩ তৌহনববু অশাংবমচা গোবিন্দসিং পণ্ডিৎ ফুংগাদি মচা মনাও ওইও হায়ববু য়াদবগী অশাংবাংবম ওইখরে। ১৪নি শগোনসেন্দা ময়াংলম খেত্র ( ক্ষেত্র ) চংপদা শামু মচা যাপানবা ১বা শামু য়ুমশা মরক্তা চঙশিন্নকুনা কারকএ। থানিন নোং ঈবাইদা থা শানা কংএ। ২২নি ঈরাইদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অদুগুম্না কাংভবমচা মেজোরগা বুলুন সাহেপকা ২মা হাওথুন্দা লময়েন্নবা লৈথিঙৈদা পুকম হাওবু চেং লৌরুও হায়না চংহনখিববু কুম্বা হাওনা হাংতোকলমলে হাযনা কাংভবমচা মেজোরনা শিকাই লোইনদুনা হাওথুন থুগাইনা চংলে। অদুগুম্না মখেন লৌবুক্তা শাবাপি সাহেপ, পত্তর সাহেপ ২মক্সু থুংলৈএ। ২৪নি লংমাইজিংদা সাহেপ ২মানা উইরোং লম চংখিএ। ২৫নি নিংথৌকাববদা ফুমবা থুগাই। লাল ২ শিনা ফায়। ইরোই ৫ শন ৭০ কারকএ। থাশি নোং থাঙজদা কাংভবমচা থাংগান মেজোরনা সরদার পূন্নকপু চাক পীজৈ। কাইরেন থা লংমাইজিংনা হল্লে। ৪নি লৈপাকপোকপদা কাংভবমচা

মেজোয়না হাওদা লৈরিঙৈদা মাও লৌবুক্তা মাওগী শাথৈ হাও পুন্নমকতা থুম, ফবাংচি মথং মনাও শিন্নবীরবদা কাংডবমচা মেজোয়না হাও নথোয় নমায লৈগন্থু হাযববদা হাও পুন্নমানা ঐথোয ইমায লৈরোই হায়ত্থুনা নোংমৈ পাযত্থুনা বাশকএ। ৯নি নিংথৌকাবদা কণ্ডিমৈগা ভজানগা ২মাগী লোয়বা লোক্ত' বুকন কমেশোন সাহেপকা পাত্রা সাহেপকা শ্রানী সাহেপকা ওমা থুংলৈ। কাংডবা মেজোয়দা সাহেপনা সাহেপ ১দি জ্বিরিয়ক যেংথি হাযনা ভমএ। ১১নি ইমশকৈশদা মথেন লৌবুক্তা হন্জোলক্তুনা মৈতৈদা লৈবা বর সাহেপকা কাংডবা মেজোয়গা লাকপা সাহেপ ৩মগা ৫মা ভাক্তনদা বুকন কমেশোয়া হায মৈতৈকমগী তুরেম্না চেম্ববনে মাথংগী তুরেম্না অবাংলম চেনথংশনে অসিদা যেম্নশে ম্নাবন্না হংএ। কাংডবা মেজোবনা থুমএ মৈতৈ ঐথোযগী লমদি থিবোমৈ মথৈনে যাম্নোইযে হাযনা থুমলবদা অত্থুদগী যানদত্থুনা সাহেপ ৩মন্থু হনশবে। মেজোনন্থ হন্নকএ। শেকমাইগী নোংখো-বা পন্দগী কাণ্ডিমগা ভজানগা লোননবা লোক য়েৌবা লমশিং লথা ৪ দীশীং ৩ চা ৯ান। ২০নি নিংথৌকাবদা লুশৈনা নমকৌ থুগাইবৈ হায়ত্থুনা লোংজন্নচা মেজোব মাইস্না মেজোয় ২ মানাচিংনা লাম-তানবা চংলে। কাইরেন থা লংমাইজিংমা হল্লে। ৫নি ঈবাইদা তুর্গাগী শঙ্ক চেংএ। ৯নি নিংথৌবাবদা অকাম হাওনা লুশৈগী লালু ২ পুনক্তুনা মোইবাংথোমদা চল্লে। ১৫নি ঈবাইদা ক্ষেত্রমযুমগী শেজৌববোন নাগথি ১ পাডন লাইবিক ১—২মা পুথংলকপদু পাডন লাইবিক্তি চুমদে হাযত্থুমা মথুংনা চাংযথোকহল্লে। নাগরিদি হন্তথিএ। থানিন নোং লংমাইজিংদা চন্দ্রশোংদগী নিপা ৯ মুপী ৩ চেনথিবন্থু কাবকএ। ১৮নি ইমশকৈশদা লৌবানি লোংস্মুগী মচা সনা থাসনন্থু লংমাইথেম মুথদ' থিনথ এ। অত্থু স্থমিত্তা সৌবাইকমচা মেজোবন্থ ময়াংলমদগী ক্ষেত্র চংপা পুংলএ। ২১নি থাডন্দা নিংথেম যাংবা চৈমাপ গারোং লৈবাকী অঙম্বা, জকন-অথৌ, অশোম-অনা মপা মপা পানহন্দুনা লৈপাক স্তংডাংচনা হৈক্ক-কাডৈজ শাম্নএ। ২২নি লংমাইজিংদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি ইমশকৈন্দা কোনসম অবাংগী শাগৈ পুন্নমক্তা পিবা ২ ভবা অসিবু কংডরে ১ভা শেযগে হায়ত্থুনা নংজেংদা ঘণসিং পিবাগা অভাং অডোন পিবাগা ২মক ঈরুপনবন্থ ঘনসিং পিবানা লাইরমলেনগী চুমথিএ। ঘনসিংগী পুকপতি পংত্র.ন, ভনমনি, কোনশা হনবনে পূর্ণমে। ৪মা অসিগা অভাং অডোনগী পুকপকা ভোংনথিএ। অত্থু স্থমিত্তা ম্নুহান্থ হাইএ। লমতা থা নিংথৌকাবনা

হল্লে। ৫নি ঈরাইদা শ্রীমহারাজগী মচ ইবেম্মশিং মোইরাংদা থাংজিং খুকম্বা চৎলে। ১৪নি নিংথৌকাবদা হৈত্তাংদা নিংথেম কুমচুনা স্না খুৎনা কৈ ১ কায়। অদু মুমিত্তা মনেম শিজ শুক ওংবী শিএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা লুশৈ কম কায়। ১৯নি ঈরাইদা শাইমেনজমদা লৈবা ক্ষেত্রি ইশৈহনবদা দন্দবোৎ ভৌনা কারক্তুনা শ্রীগোবিন্দজী থুকমলে। অদু মুমিত্তা মুহাম্মুং চাইএ। ২২নি নিংথৌকাবদা পোংশঙবমদগী উশূবা উক্ৎ পুরেনগী মচানা কৈ ১ ফারকএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা লমতাগী সংক্রান্তি হোৌএ। অদু মুমিত্তা অবা ৫ লাক্তুনা থানাগী নোংমৈ মাঙখিবা শিংগে চাযবৈ। শামু যাইশা রাজ বলহোপ লুরাংবত্তুং শিএ। ২৪নি ইমশকৈশদা[1] সৌগাইজমচা তুলিহন মেজোরনা ভুবোন চীংখোংদগী কাক্না শামুরু মণিং ভুবনজিৎ কৌহনা যাইশা হাপএ। শক্তিবু থা ইমশকৈশনা হল্লে। ২নি শগোলসেন্দা[2] লৈতান মুরিদাব অথোকপা মুবিদার, তোংত্রা মুরিদার ৩মনাচিংনা সিফাই ১০০ খোংজাই ৩০০ লোযনহনা লুশৈ নাবা চৎলে। ৪নি থাঙজদা ময়াংদগী জগেন সাহেপনা নোংমৈ হিদাক মেগজিং উপু ৯ পুরক্তুনা থু লৈ। ৫নি লংমাইজিংদা সাহেপ থুংলবগী নোংমৈ তোপ ১৪রক কাপএ। ৬নি নিংথৌকাবদা নিংথৌজাগী খোইরা, য়েনখোম শিনাম নমুলতাবা থাকম ইনবা কুতিধজবু লাহ মবুখৌ পাথংগী লৈনম পীথক্তুনা থা ৩ সাক্ষী তৌববু শেংলহনা নিংথৌজাগী খোইবা ওহখি। ৮নি ইমশকৈশদা বুকন সাহেপনা মতু নৈতৈ নিংতোল ১গা লোযননা ময়াং চঙখি। তোপ ১৩বক কাপএ। ৯নি শগোনসেন্দা মহারাজনা ইথমদা থুমখোং য়েংবা চৎলে, তম্না হল্লবয়ে। ১২নি লংমাইজিংদা অবাং লাইরিক য়েংবা কোনজিন্দা নিংথেম কুমচুনা কৈ ১ কায়। জর্নেল সাহেপস্ম কুম্মৈ য়েংএ। থানিন নোং[3] ইমশকৈশদা মুংশিং চাক্বা শিংলে। লেনম্মুং তাই। কোমুংগী ইমকৈ, লোইশঙস্ম থরা তেকএ। ১৬নি শগোনসেন্দা যুহাবাই। ১৯নি লংমাইজিংদা তেকচমদা মাইবমচা মুপী ১ থকী তেম্মা শোক্তুনা শিএ। ২৩নি ইমশকৈশদা[4] বিষুব সংক্রান্তি ওই। লাইশ্রম পুর্ণসিংগী কুম শক ১৭৯৩—২৪নি শগোনসেন্দা শক্তিবুগী পালোক ওই। অদু মুমিত্তা পানা ৪মাঙ্গং বামী পেনা তাই। ২৯নি লৈপাকপোকপদা খুম্বোং মেজোরগা জর্নেল সাহেপকা ২মা কবো লম য়েম্বা চৎলে। অদু

১। তাং ১৫। ৩। ১৮৭১ ইং। ২। তাং ২৩। ৩। ১৮৭১ ইং।

৩। তাং ৫। ৪। ১৮৭১ ইং। ৪। তাং ১২। ৪। ১৮৭১ ইং চৈত্র ৩০ চড়ক পুজা।

হুমিত্তা লাইশ্রম ফুবালবা তাবা অতোম অমা থকী তেম্না শোক্ত্না শিএ। কালেন থা শগোনসেন্না হল্লে। ৬নি ইমশকৈশদা কৌক্রুদগী শাম্ম য়াপনবা ১ লোইয়া মশাং ইচুম বারোইচিং যৌনা কুমথরকপবু লমাবমচা দেবান, কাংগবমচা মেঙ্গোব ২মনা হোইগত্তুনা শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজনা ইতৌরোক্তা থত্তুনা ফায়। ৭নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ মহারাজ স্না য়াথং থুমুজমচা পণ্ডিৎ, চিংঙাথমচা চাওবতোন শরাংথেমচা স্বরপান্দ, থৌদামচা চাওবতোন ৪মানা স্না য়াথং শিন্নহ্নুনা লাইবিক 'ঔরাঙবা' শেমএ। ৯নি থাঙজদা থুম্বোং মম্বমচা অন্নাপূরেন মেঙ্গোবনা কযোবম চংলুবা থুংলৈ। ১২নি লৈপাকপোকপদা লাখোংদা পাথংবা থোকএ। অত্থু হুমিত্তা বামোন শঙলাকপমচা অমনা মতুগা খংনহ্নুনা মমুম মৈ থায় হায়হ্নুনা মম্নাংদা মমামচা থাজিনখবে। ১৪নি শগোনসেন্দা লমাংদোংদা লৈথা বামোন শুকমমুমগী মনাই ১না থোঙ মনিং মমাং নমহ্নুনা মৈ থাহ্নুনা চেনখিববু ফংহ্নুনা কৈথেল্দা থুঙ্গোইরৈ। ২২নি শগোনসেন্দা বিজয় গোবিন্দগী কুবা হোঙএ। ২৩নি ঈরাইদা কাদোক্তগী হৈরাংখোংজম ১ মৈতান কৈশংবম ১—২মা চেনখিএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থা থাঙজনা হল্লে। ৫নি য়ুমশকৈশদা শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজনচিংহ্নুনা চিংঙাথমচা পুঙ্গনবা, শৌবাইজমচা লাইকম লাকপা, চিংঙাথমচা থাবম লাকপা, লমাবমচা দেবান শৌবাইজমচা মেঙ্গোব, মাইস্নামচা মেঙ্গোব, কাংগবমচা মেঙ্গোব, থুম্বোং মম্বমচা অন্নাপূরেন মেঙ্গোব ৯মা অসি কমহ্নুনা তোপ গারোম্বা বিচাব তৌবা হৌএ। অত্থু হুমিত্তা ওইনামচা ১ মৈয়েংবম চা ১ নোংথোনবমচা ১—৩মাথা শন তুই হায়হ্নুনা য়ৈএ। থানিন নোং থাঙজদা বাবগাইথা ময়েংবম ১ নাহারুপ ১—২মানা মী হাংলে হায়হ্নুনা পুখংলক্ত্মা লানমীদা থমএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা যুহাবাই। ২০নি য়ুমশকৈশদা ময়াং খাংগবোক্তগী ময়াং নিপা ১না থৌরী য়ান্দুনা শিএ। ২৩নি থাঙজদা থৌবুমগী নিংথেম ইংথোন্দা লফু থম্বো লোঙএ। অত্থু হুমিত্তা ইরেংবম, চান্দম লৈমকোম্বগী ধাবা শিবা ফুঙ্গা শ্রীপাণ্ডবরাম ১ থাইমা ফুঙ্গা গোবিন্দ ১ অতোম্বা ফুঙ্গা দয়ানন্দো ১—৩মানা শ্রীমবুধৌ পাথংবগী থাঙ, তেন, হি য়াই ওইববু কোনজবম্বগী মহৈনা মথোয় ৩মকী মচা নন্দ হাজারি তোবান্দ হুবিদায় ২মাক্না হি-য়াই মমমদা-পো মথাদা পমনা শ্রীযুৎতা কংচহ্নুনা স্না য়াথং মথোয় অসিগী থায়নাদা চারোন-তুরোম য়োনা অবা অনা থৈবিক কোকপীখি। ২৭নি য়ুমশকৈশদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থা

নিংথৌকাবনা হল্লে। ৩নি য়ুমশকৈশদা কারামগী মৌ ১ নম্বুম ফুরেন্দা ঊশিংদা পিএ। ৪নি শগোনসেনদা মহারাজ মনা য়াথং হায়দোকুনা হাওমচা তুলা থাইপক্ থাইফরোই হাযদুনা লুকমাই ১দা শেন ১ লৌহল্লে। ১১নি শগোনসেন্দা শঙাইশেন পাই। থানিন নোং নোংমাইজিংদা থা শানা কংএ। ২১নি থাঙজদা মহারাজনা যভ সাগেপবা দরবার তৌএ। ২২নি নোংমাইজিংদা ইংরেজনগী সংক্রান্তি হৌএ। থাশি নোং নিংথৌকাবদা কোংবা মপান্দা নিংথেম কুমহুনা কৈ ১ ফায়। শামুনমু গুপা ২ শোকএ। শিদে। থবান থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১নি য়ুমশকৈশদা কৈ পনহুংদা থুংকুম নত্তনা নোংমৈ কাপএ হায়হুনা ০মাক ইবুংঙো হাওবচা অহল্লুপ লাকপনা লৈশাংথোংদা থাযএ। চিংডাথমচা মেজোবদি কৌগাকচাওদা থায। তথেন লম্বু জমান্দারদি অংবা দা থাম ভন্না কৌথংপীএ। ১০নি শগোনসেন্দা কোমা থিংজেন নমথায়। ১৫নি নোংমাইজিংদা বুহারাই। ১৬নি লৈপাকপোকপদা যাইথোমচা অতোংনবনা মেন্দা তোংলমএ, কিবোয শুনা পিহুনা থাদোকপীথিএ। ১৮নি শগে নসেন্দা[1] মহারাণী অঙোম চন্দ্র মনিক লোইরেনথে মী নোংগায়। অদু ফুমিত্তা থুবাঙদা কিজম থৌগাইগী যতুব থাংজম থীগাইনা লায়হুনা খিজম থৌশাহনা হৈহুনা পিএ। থাশি নোং য়ুমশকৈশদা[2] থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু ফুমিত্তা থু যানথেম ইন্দ্রমনি জমান্দার ওইবম্বনা মুংথোমচা ইমাবন্তবু মাদি মুংথোম নত্তে হাযহুনা থিনগদা মুংথোম ওইরমে হায়হুনা থুযোনথেম্বনা হাবেংএ। থবান থা মলমাস ওই। ৎবান থা শগোনসন্না হল্লে। ২নি ঊরাইদা[3] শিলোট্টা মনিক ফুংলেন থোম্বা[4] নোংগাখি। ১৭নি ঊবাইদা হাওবমচা য়াইস্কুল লাকপা পিএ। ২২নি য়ুমশকৈশদা ডিদাব ফানবা পোংশংবা হিয়াং ফুনিত্তা মাহাকপ থাবম অওমবু মা থৌগন শোম হাযহুনা কৈদা শুমএ। অদু ফুমিত্তা থুমহেন লিকাই ১ ঊশিংদা পিএ। নোংমদা কৈদা শুম্বা লৌথোকপীরে। ২৪নি ঊবাইদা মাইস্নামমচা ভুবিদারনচিংনা কোনা থিংজেল থিংবদা তথেলম্বম নিপা ১ ঊশি দা পিএ। বাংথেম ০মু ক্যামপেদা থৌবী ফান্দুনা পিএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা কাংবা মেজোরমা মযাংদা সাহেবকা

১। তাং ৩। ৮। ১৮৭১ ইং শ্রাবণ ১৯, মনিক লোইরেন থোবী—চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মহারাণী। ২। তাং ১৬। ৮। ১৮৭১ ইং। ৩। তাং ১৮। ৮। ১৮৭১ ইং ভাদ্র ৩। ৪। মনিক ফুংলেন থোম্বা—নোংচুপ লমগাইথো তম্রাগিং নিংথৌ থাবগী মচা ইবুংঙো দেবেন্দ্রসিং চাকা তাবা মহারাজ।

বা ঙাংনবা চৎলে। লাংবন থা ঈবাইনা হল্লে। ২নি থাঙজদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ্ন হুমিত্তা শিংঙবরমদা গৌরধাম হুবিদারনা সিফাই ১০ খোংজাই সিফাইগা লোয়নদুনা লুশৈ খিনশিনবা চৎলে অহ্ন হুমিত্তা পুযাম নিপা ১না ফরদোন হুপী ১গা শামুশঙদা ওংনবমএ হায়দুনা জনম্বা কোকএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা চিংঙাদা সাহেপনা ইন্ফম শেমদুনা লৈগে তৌবদু লাইগী খুজন শোক্তুনা ভোক্কে মহাবাজনা অনৌবা ১রক শেমদুনা তম্না চনলমলে। ৯নি থাঙজদা মহাদাণী অচোম চম্বুগী চিন্তামনি গঙ্গাদা পুশিনখিএ। ১৪নি যুমশকৈশদা শিংঙোমবা স্ন' ঙনশনা, স্না ওনবা ঙমদদুনা বৈত্তমশঙদা থমএ। মাগা তৌনিরবা পুম্নমক্স্নং বোন্দি তৌএ। মতু মচাম্ন ফাগংলে। ১৬নি ঈবাইদা চিরাইথোঙ বোংচৌনা কুম্না শঙগায়। হুহাম্ন হাই। ১৯নি নিংথৌবাবদ ইবুংশি মন্ত্রীমযুমগী মনাইন্নুপীনা মথন্না মথনাংদা থাঙনা লেপ্রমলে হায়দুনা পুখৎলকএ। অহ্ন হুমিত্তা কাংঙুন থানাদা ববো নিপা ৫ হুপী ৪ অসিনা নো মৈ হুগে তৌবমএ হাযদুনা পুখৎলবযে। ২১নি শগোনসেন্দা হাইথৌদা নাওরেম নিপা ১ লাইনা লৌদুনা শিএ। ২৮নি শগোনসেন্দা হাওবম শঙলেন লাকপা শিএ ২৯নি ঈরাইদা মতোন ইবুংঙো মন্ত্রী শিএ। থাশি নোং পাঙজদা বোলরাম খুন্দগী হুপা হেমনাম নিপা ১ খুরাইজম ১ বাংথৈ মযুম ১ ল ইশ্রম ১—৪মানা শন হুবম্মে হাযদুনা পুমকএ। মেরা থা নোংমাইজিংনা হল্লে। অহ্ন হুমিত্তা ফাদোক্তগী ময়াংলম্বম ১ লোইতোংবম ১—২মা চেনখদুনা তম্না কাএ। ১নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ্ন হুমিত্ত ললহাম্বুদা কাবকৈ বাই ৩ চাওবা ১ থোকএ। ৬নি শগোনসেন্দা[1] কাঙবমচা মেঙ্গোরনা মযাংদা সাহেপকা বা ঙাংনকনা খুংলৈ। ১৬নি লংমাইথিংদা লম্বান্দা শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজ কুমদুনা কৈ ৪ কায়। ১৭নি নিংথৌকাপ্দা শ্রীগোবিন্দজীগী হুহন ঙাংবম ২ মৈনম ১—৩ মনা লাই সেবা শোযদুনা খাংবোক্তা শায়। ১৮নি লৈপাকপোকপদা[2] নাহৈবাকপা ঘেঙ্গোর শিএ। ২৬নি যুমশকৈশদ[3] অকোইজম নিপা ১মা মেন তোংলমএ। ফিরোই গুনা শিদুনা থাদোকপীখিএ। ২৯নি থাঙজদা চাইরেন্দগী কৈ ১ কারকএ। থাশি নোং নোংমাইজিংদা নাওরিয়া হিকহনবনা থৌবা লৈশাংখেমগী কৈ ৩ কারকএ। হিযাকৈ থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১নি লৈপাকপোকপদা চনদম মৌ ১না মচা পোনা লোক্তাক্তা ললওনবা চৎপদা

১। ভা ১২।১০।১৮৭১ ইং। ২। তাং ৩১।১০।১৮৭১ ইং। ৩। তাং ৮।১১।১৮৭১ ইং।

লাইনা লৌদুনা থিএ। ৭নি শগোনসেন্দা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি ঈবাইদা তুর্গ গী শঙ শঙবাই। ১৮নি শগোলসেন্দা গোস্বামীদা মোইরাংথেম চন্দ্র ১ মিনাই ওইবনু সাহেপ মতু বিবিদা চেনশিল্লে গায়দুনা হামুক তুন্দু যেকুনা পাউন পেংথন্দা পীথি। ২০নি থাঙজদা ময়াংদগী নোংমৈ হিদাক্কা নোংমৈ ৫০০গা থুংলে। ২৪নি য়ুমশকৈশদা খোংজাই চশাংনা লুশৈ লান্দু ৫ পুবকএ। ২৬নি ঈবাইদা[1] সৌবাইজাম্বা মোক্তাব, কাংজবমচা মেজোর ২মানচিনা সিফাই ২০০০ বেগারি ৪০০০গা লোয়নদুনা লুশৈ নাবা চৎলে। সাহেপস্ত[2] য়াওএ। থাশি লৈপাক্পোকপদা হুদিং শানা কংএ। পোয়দু থা য়ুমশকৈশনা[3] হল্লে। ৪নি ঈবাইদা পোয়দুগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু তুমিত্তা হাগিথুনবু চেংকোক থিনলো হায়রবু যাদদুনা শামুনা ময়ম সিংথেকতুনা মৈ থায। ৭নি নিংথৌকাবদ[4] থা থাংজবাং লাংতোকএ। ১০নি শগোনসেন্দা মাহেরন গনধরবোন হাজারিগা কনথ মস্তুং শগোনশঙ লাল্লুপ চিংবগা ২মা পিবা যুয়বদা গনধরবোন হ জারিদা লাইরিক মৈতৌবোন য়ুমজংথা চুমদে হ'যদুনা মস্তুং শগোনশঙ লাল্লুপ চিংবদা পীএ। ১১নি ঈবাইদ[5] কৈথেন শেয়া হৌএ। ১৩নি নোংমাইজিংদা[6] লুশৈ লান চংপা চিপ্পু থুমখোং য়োএ। অদু তুমিত্তা লুশৈনা নানফৌগী তুপী ১ পুবক্তুনা লৈই চাগ পুরকএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা কুমহৌদা বৈনা মী চাংবে হায়না কৈংশু লাকপবু মীনা থাংগা ওইরম্মে। হাংপা পীগু পুবক্তুনা লাত্থিদা শমএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা মস্তু হবু চো শামু হজবা শিএ। ২৩নি শগোনসেন্দ য়ুহারাজ। অদু তুমিত্তা লাম্বিদা লুশৈনা শামু ময়া কৈথনএ। থাশি নো য়ুমশকৈশদ[7] থুংজংথাই ইমনাক ৩২ চিবু তেংজোন্দা চেনশিল্লকএ। থাকচিং থ শগোনসেয়া হল্লে। অদু মুংমত্তা চিপ্পু তেংজোন্দা পোইবোই নিংথৌন লুশৈ ২৬ পাঙ পিবকএ। মেজোর ২মনা ৯দি থাংহৌএ। নখোয় ১৭তি নংথায়গী নিংথৌদ। পাউ হল্লো হায়না শিশিএ। ২নি ঈবাইদা পোইবোই নিংথৌনা লম্বুন নিংথৌ, লৈরিক নিংথৌ, ২মানা চিংদুনা শামু ময়া ২ পুবক্তুনা লোইহাবা লাকএ। তেজোন

১। তাং ৮। ১২। ১৮৭১ ইং। ২। General Nutthal, the then Political Agent at Manipur

৩। তাং ১৩। ১২। ১৮৭১ ইং। ৪। তাং ১৮। ১২। ১৮৭১ ইং।

৫। তাং ২২। ১২। ১৮৭১ ইং। ৬। তাং ২৪। ১২। ১৮৭১ ইং।

৭। তাং ১০। ১। ১৮৭১ ইং।

মমাঙদা শঙ ১ শাই৮ লম্বী লম ১০ পাকনা কাপ্লে। মন্ত্রী ২মানা জর্নেল সাহেপকা লৈপাক্কী সিকাইগা 'লাঙনম্বুনা মুশিংগা মা ভাংনৈএ[১]। মুশেনা মৈথৈ

১। মডাক মাস মণিপুর এজেন্সীগী ১৮৭৩ ইংগী এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্টতা মথাক্কী অম্মনা ই—

**Relation with the hill tribes**—The independent tribes to the South of the Munnipoor State with which it is brought into relation are the Eastern Looshais and the Sooties or Kambow Kookies lying immediately to the east of the Looshais and in contact with them. With regard to the Looshais it is to be hoped that the success of the late expedition against them will ensure peace amongst them for many years to come. I am the more inclined to think that this will be the case, as one of their boasts previous to the entrance of troops into their country was, that it could not be done, and that any body of men entering the country with a hostile intent would never return. This idea has been somewhat rudely overthrown, and there is no doubt that the Looshais have been powerfully impressed by the comparative ease with which their country was invaded.

Previous to the withdrawal of the Munnipoor troops from the outpost of Cheiboo, where they were stationed during the expedition, two Chiefs of some note and nine others entered into an engagement with the Munnipooree authorities to keep the peace with Munnipoor for the future. Several of the Chiefs afterwards visited the Munnipoor Capital and these before the Maharaja, the Political Agent, and officials renewed their engagement, taking the oaths usual to the tribe and consenting to the following Treaty, which was explained to them :—

Treaty

We, the undersigned, viz. Damhoom, Raja of Tikung, on the part of *Poiboi*, *Daloom*, Muntri *on the part of* Lenkoom ; Lallkoop, Raja of Laireek , Konga, Raja of Puchoobi ; and Bolool, Muntri, of Dalkoom, hereby swear according to our custom that mutual friendship shall always be maintained *by us* towards the British Government and the Maharaja of Munnipoor, and we will faithfully abide by the following Articles of Treaty with the Maharaja :—

## ARTICLE I

We engage never again to be guilty *of acts of* agression towards the subjects *of the aforesaid* powers, and to *renounce* making human sacrifices for the obsequies of our Chiefs.

মখোয়বু কিয়ে—নিংথৌ খুরুমজগে হায়না হায়রৈএ। ওনি থাওজদা চিপু থুগাই। খুমখোং তৌএ। অহু মুমিত্তা মেজোর ২যাগা সাহেবকা বামোন খুমজাও[১]

## ARTICLE II

We engage to hold no communication whatever of a designing nature with any tribes hostile to the aforesaid powers, and we promise to give due notice of inimical intentions on their part that may come to our knowledge

## ARTICLE III

We engage to give free passage through our country any forces which the aforesaid powers may deem necessary to send through it, to reach other tribes, and we promise to give any assistance to such forces as we may be called upon to render.

## ARTICLE IV

We promise to afford support and encouragement to traders from British and Munnipoor Territories

## ARTICLE V

The Maharaja of Manipur on his part promises to forgive all acts of aggressions against his subjects committed by us previous to this treaty conditionally that none of his subjects who are in captivity shall be detained against their will

## ARTICLE VI

The Maharaja further promises to support us if unjustly attacked by any of our neighbouring tribes, and in such case to assist us in recovering any of our people who may be carried into captivity.

## ARTICLE VII

The Maharaja also promises, in event of drought or famine, to assist us with food, also to exact no dues whatever for a period of five years from merchants or traders going to and coming from our country

Since the above occurrance these conditions have been faithfully observed and a certain amount of trade intercourse has been carried on between the Lushai country and Munnipoor Inhabitants of the valley have also visited the Looshai country without molestation.

Annual Administration Report of the Munnipoor Agency for 1873 pp. 7 & 8.

১। বামোন খুমজাও পুরেন—লৈবাও থাবম গোকুল ঠাকুর।

পুরেন—৪মানচিংনা লৈপাকী সিফাই পুম্নমক্কী মমাঙদা লুচৈশিং তম্ম নিংথৌ লৈরিক নিংথৌ খোংজাইগী ওনখেং—হাওমাং—লমলৈপুং মাখোয় অসি ঙাওনা তিন্নবদা নখোয় হাওগী সাক্ষিদি করিনা ওইবগে হংবদা ঐখোয় হাওগী সাক্ষিদি হুইরিন থংপা, য়োং থেকপা, হুইয়াং খাইবা অসিনা লুনৈ হ'য়রবদা মেজোর ২মানা ঐখোয়স্থ হায়গে ফুদিং খা ২মানা মা.ত্রিবা ফু'না মশম হৌত্রিবা শোইবোয়া য়েনবিমকম চাওত্রিবা তুয়াইগী ঊশিংনা মক্রম চেনখৎত্রিবা মখৈ অসিদা—নখোয় লুশনা নৈতৈ ঐখোয়গী লোই মোইরাং কুমফি খোংজাই কপুই পুম্নমক অসিবু হাংলবদি হুই মতু কেনবগুম কেল্লো। য়োং তেকপগুম তেকও, পানাও শিংনাও তাগনো, ফৌ চরোং কেনবগুম কেল্লো নপা নচা পুম্নক উৎকুমনা তুমও হায়রবদা ইবুধৌ শাইকলগী থারমথৈ তুম্না মাঙলগে হায়না য়াববদা তুষাইগী তুবেন মম্নং খোং মথক্কা ম্না লুপা যাওনা হুইরিন থংলে। হুইযাং খাইবে য়োং থেকলে। মৈতৈগী মাইবদি ফাইবেনগী নিংথৌ হাওশোংনে মানা মকোক পাই, লুশৈগী মাইবদি তম্ম ম। মানা মমৈ পাই। থাংদি মকোক মথুম কোন তোপএ। লুশৈনা লাই ওইনা থমগে হায়না পুথিএ। ৫নি নিংথৌকাবদা নাহুৎ বাস্পোন হৌএ। ৬নি লৈপাক-পোকপদা[১] চিপ্রু থুমখোং উকু হুকএ। ৮নি শগোনসেন্দা[২] শ্রীপঞ্চযুক্ত মহারাজগী পাদচিনধ য়েকনবা তুযাংদগী নুং ৪ চিংহুনা পাদচিনধ যেকএ। নু' ২দি থাংজিং মতৈ মনাও য়েকএ। ১দি জর্নেল সাহেপকী[৩] হুই য়েকপীএ। অহু হুিংহা থৌবাগী লাইহুবী শিএ। ৯নি ঈবাইদা[৪] অবাখমচা য়োইরেন যহুই হুনবনা চিপ্রু থুমখোং লাংলে। তম্না হো'এ। ফিবান য়ুংএ। খোংনাং ২ থাই। লোই চন্নফপা হাওখুম্ফি বাকংলেন ১, লেংখম ১ পোইবোই মমাখুন ১, লানবুন ১ লারাখুন ১, হেনহিং খুন ১, লালা খুন ১, হাওবি লানখুন ১ তাম্বোখুন ১, বিংজা তুমখুন ১, হোংঙু খুন ১ লমসাউ খুন ১ পুমহাং ১, লাম্নং লুক ১—ডপনা হাওখুন ১৪মাসি লোই চন্নখ্যে। তাংখং চিংশাংদা তাই। ১০নি থাঙজদা য়েলাংবম মাইবিনা পাঙন চন্থ লামৈ হায়হুনা পাঙন ওইহনখি। ১১নি লংমাইজিংদা[৫] সৌবাইজম মেজোর, কাংওবা মেজোর ২মানাচিংনা সিফাই ২০০০ খোংজাই ১০০০ বেপারী ৪০০০ শুপ্না মী ৭০০০

১। তাং ১৬। ১। ১৮৭২ ইং।
২। তাং ১৮। ১। ১৮৭২ ইং।
৩। General Nuthall
৪। তাং ১৯। ১। ১৮৭২ ইং।
৫। তাং২১। ১। ১৮৭২ ইং।

অসিনা পাঙ্‌সন্নগী মনাক্তা নুং মপৈ অনী পৈরম্মে। ১২নি নিংথৌকাবদা থাযোন লৈহাউ থাবম গোকুল থুমজাউ পুরেমচিংনা শিথোং নিংজেল থুন ২মাগী থুলুপা বামবক কোইবা চৎতুনা থুম তুংএ। ১৬নি ঈরাইদা[১] নিংথেমগী পাদ-চিনধ যেকপা নমথা নোংশ যেকপা থংজিং মতৈ মনাও য়েকপা অয়েকপা থৈবিক থুমগোং ২মাগী মরক্তা থুংএ[১]। তেজোন ৭ থোকনা শাই। ১৭নি থাঙজদা লেনথমদগী থোংজাই ফুংগা ১ চেনলকএ। নুং য়েকপা মীদি মোংজমগা ধর্মশোর কলিংবোরদা কাবানা যেকএ। ২২নি শগোনসেন্দা বোকন[২] সাহেপ লুইশ নাবা চৎলুবা থুংলৈ। ২৮নি ইমশকৈশদা সৌরাইজাগা, কাংচৎমগা মেজোর ২মানা লুইশ নাক্কবা থুংলৈ[৩]। থুজিংখা ইমনাক ৩২ হাও সুপা ১১১৬ ফাবকএ। কাইরেন থা থাঙজনা হন্নে। ৪নি নিংগৌকাবদা কাইবেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৯নি লংমাইজিংদা ১নক লুশৈ লাল চৎকনি হায়রুনা নোংমৈ ৫নক থাই। ১২নি ইমশকৈশদা নিংথেম মোইবংদা চৎলে। ১৯নি ইমশকৈশদা নিংথেম থুংশি। ২৯বি ঈরাইবা সাহেপসুং থুংলৈ। লমতা থা লংমাইজিংনা হন্নে। ২নি নিংথৌকাবদা মকেং লোক্তা শংকুবমচা সুবিবার, তাইজমচা হিবং ২মান চিংনা শামু তানবা চৎলে। ৪নি ইমশকৈশদ[৫] ল-তাগী সংক্রান্তি হৌএ। অক্ত জুমিন্তা সৌরাইজমচা মেজোর, কাংগুবমচা মেজোর ২মানা শাইতোন শাফমচৌংদা থানা কমলিঙৈদা লুশৈ ৭০০ চেন-শিল্লকপবু অকাম হাও ১০৫ মা ফাগে তাম্নরকপবু মেজোর ২মক্তা অকাম

১। তাং ২৬। ১। ১৮৭২ ইং। ২। ব্রাউন্

৩। চিরুদা ফ্রেবা নুং অদুদা মথাগী অসি ইথ:—

শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর লাইরেন মৈতিংগু নাওচিঙলেন নোংজেনখোম্পা শ্রীযুৎ চন্দ্রকির্তি সিংহ মহারাজানা থাকি লুশৈ হাও লোইচনপা লাইজাবা পুর্ণ স না চৈথা কুম শোক ১৭৯৩ ব্রাকচিঙ থাকি ৩ নি পানবা থাঙজা কুমৎতা—শ্রীযুৎ জা থৌকন চৎপাতি শ্রীসোকাইচমচা বলাম সংহ আহনুপ লাকপা কুলিংন মেজর শ্রীবাঙবমচা থংগ ন লাহমম লাকপা তুলিনাহা মেজর ২মনাচিংপা শ্রীযুৎ কর্ণেন নথন সাহেপ সমদার ১৩০ লানম ২০০০ আসি লোইনৈএ লোইহাপোৎ সামু মগা সেনপুং আসি পুংকই থুমথোং আসি হকলমই শ্রীযুংকি পাদচিহ থনমই লোইচন্নকপা দাওংনতি পোইবোইনে লেঙথমনে দামবংবুম হাপন আনিদচিংপা থুনকও ১১২ আসি লোইচনরকই।

শ্রী ... চিংপা নিংথৌ ৬ থুনকও ১ থোমরকই।

৪। তাং ৭। ২। ১৮৭২ ইং। ৫। তাং ১৩। ৩। ১৮৭২ ইং চৈত্র ১।

হাও ঙতেগী জাং য়াতোন নিংথৌ মনাও শোম্বা-খেংকুপাও থমলেন হাওবম খুদিনগী জাং, ঙতেগী জাং, য়াতোন নিংথৌগী মপাগা পোকমিন্নবা য়াতোন নিংথৌ মোসপেম ১ যাপাউ ১ মচা খোংগাথং ১ বাইথং ১ লৌথং ১ লনয়াংগী জাং কোকতং নিংথৌ ১ মনাও কামলেন ১ মচা ঙকাম ১ অনুময়া ১ পুমলেন ১ পাওতোন ১ মাখোয় ১৬ মাসিনাচিংবা অকাম হাও ৫৬ কাবকএ। নোংমৈ ৪৪ অবাই থাঙ শোরী য়াওনা মশা মশা কোয়ববু খোমলকুনা থুংলে। ৭নি থাঙজদা মকেং লৌবুক্তা শংথুবা স্থবিদারগা ভাইমজম্বা হিদংগা ২মানা শামু ৩ কাবক্কনা থুংলৈ। ৮নি লংমাইজিংদা মচা ইবুংঙো যুবরাজনা কৈনৌদগী কৈ ৩ কারকএ। কাদাবীদগী কোইরেংনা কৈশান ১ কারকএ। ১৪নি নোং-মাইজিংদা[1] কৈথেন পোংকম শিন্নে। লম্বোইবস্থ পালা লিংএ। ২০নি ঈবাইদা লুশৈগী ভানবুম নিংথৌ লৈরিক নিংথৌ ২মানাচিংনা শেনবুং ১ শামু ময়া ২ পুবক্কনা লোই হাবৈ। ২১নি থাঙজদা লুশৈগী লৈরিক নিংথৌ ভামুম নিংথৌ ২মানাচিংনা হাও ১১ মাদা কবাংজি ৬নচিংবা দোলাই কি, লৈশংথা কোকযেং, লুপ', য়োং অসি খৈবিক পীথি। স্না থুজ্র অয়োংবা মচুন. ভোপ মচুম পীথক্কনা হাশকহল্লে। ২৫নি ইমশাকশদা স্বেতিময়ুম ১ হুইত্রোম ১—২ মানা শন তুই হাযত্নুনা কৈথেন্দা যৈএ। শজিমু থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২নি ইমশ কৈশদা চেপলান খুন থোংজাইনা চৈ চিংবদা মচাক চানা ভাওম্বনা নো মৈ কাপ্পদা মুপী ১ নোংমৈনা পান্দুমা শিএ। ১দি শিদে ৮দি কানোক্তা পীএ। ৫নি শগোনসেন্দা[2] বিষুব সংক্রান্তি ৬ই। হাওবোংবা দেবগী কুম শক ১৭৯৪-৮নি লৈপাকপোকপদা জোদাম মচা অঙম্বাব মেজোরনা সিফাই ১০ পুত্নুনা অবাদা লৈবা সাহেপকা অবা নিংথৌগা উমৌও হাযত্নুনা চঙলুবা থুংলৈ। অবা নিংথৌদি উনরক্তে। সাহেপকী মথুংতগী লাইরিক্তি পুবকএ অত্থ মুনিত্তা চিংথৈবোং হাওনা অশৈ লোকলেন্দগী কৈ ১ কারকএ। ১০নি শগোনসেন্দা[3] লংমাইথেমচা পুর্ণমনিদা মচা লিজ মথাওবু শগোন ৩ ইরোই ৬ নাই-শন লোয়নবা থিদ্বৈ। ১৩নি লংমাইজিংদা[4] কাওবমচা থাংগান মেজোরনা অবাং হাও মাও খুলেন্দা লোই থৌবা চংলে। ১৭নি শগোলসেন্দা চন্দম নিপা ১ লাইখুলেন্দীগী লমজাও থোংনাংদা থৌদি য়ান্দুনা

---

১। তাং ২৪।৩।১৮৭২ চৈত্র ১২। ২। তাং ১১।৪।১৮৭২ ইং চৈত্র ৩০ চড়ক পূজা, চৈরাওবা।

৩। তাং ১৮।৪।১৮৭২ ইং। ৪। তাং ২১।৪।১৮৭২ ইং।

শিএ। পোৎলোইহৈদে হাযদুনা লমজাওদা হুন্নোকএ। ২২নি লৈপাক্পোকপদা অকাম হাও ২ কাদোক্লা লৈবদু পুক্চত্লা শিএ। ২৫নি শগোনসেন্দা লাংশঙ মকমদা খাশা কৌবা শঙ ১ শাত্নুনা বেরাগী সাহেপনা পোলা-সেপসৈনা চিংমৈরোং হাও ২মাবু বশাই ওম্বিএ। চেং ক্লৌ পীজৈএ। ২৬নি ঈরাইদা[১] ওইনাম চন্দ্র মহারাণী চৌংলেন খোম্বী লোংগায়এ। ২৭নি থাঙজদা ভিংগ্রিন্দা কৈনা কৈ ১ ফারকএ। কালেন থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৩নি ঈরাইদা বাংশবমচা মেঙ্গোৎনা অবা' খোই থৌকবা পুংলৈএ। সাহেপকী হাও লেম্বথুনগী হাও ৫ হুইগং থাংহুনা পুরকএ। থাদি নোং লৈপাক্পোকপদা নিঙ্গেন্দা খোনাওজমচা অমা খৌবি থান্দুনা শিএ। ৬নি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি চৌএ। ৯নি ঈরাইদা পিনঙপান সাহেপ থুংলৈ। থানিন নোং শগোনসেন্দা থা শানা কংএ। শ্রীযুৎ ম্না হুকচাং ইএ। অহুদা থৌমন কংবদি খুমুজমচা পূর্ণচন্দ্রসিংহ থাকম লেলুংবাহন পণ্ডিৎনচিংথা, চনম্বমচা বিনোদ থাঙেম্বমচা থংগ্রো, ওইনামচা লমলাং ডম্বা, কুইরেম চন্দ, ইরোংবমচা পূর্ণ সং, অহিবমচা ঘুগোলসিং ৭না থৌমন কংলৈ। ১৯নি লংমাইজিংদা মলন সাহেপ থুংলৈ। ২০নি নিংথৌকাবদা তোপ ১১বক কাপএ। ২১নি লৈপংশংকপদা জর্নেল সাহেপ চডখি। তোপ ১২বক কাপএ। ২৬নি লংমাইজিংদা অযুদাঙ্গী মামাঙ্গি শামাংনি চাযবা গংগাদাস কৌবা ১নাচিংনা ১৫ থুংলএ। থিলাম ১ চুংগোই ১ কবাবথাং ১ লুপাগী লুবাংচ ১ উট কৌবা শা ১ শগোন অমা যং ৬ ১ অসি পুবএ। থাশি নোং শগোনসেন্দা[২] হুমিং শানা কংএ। ইডা থা ঈরাইনা হল্লে। ৫নি লংমাইজিংদা হুহাংই। ৭নি শগোনসেন্দা ইডাগী সংক্রান্তি চৌএ। অদু মুমিত্তা ভোরেনচা পণ্ডিৎ শিএ। ১১নি নিংথৌকাবদা চনম্বনা ডাওনরম্বা খাযোম বাবি শিবগী মন্তু বলরামশিনা থা ওসী গর্ভ থৈবএ হাযত্নুনা মরাংদা বারি শিবগী মতুম্বু মচানুপীগা মখোয় ওমা থাজিনখি। চিংডাখংচা মাইবিদি অরাদা থাজিনখিএ। ১২নি লৈপাক্পোকপদা কোইজিংদা বৈষ্ণবী রৈএ হায়হুনা মিংথৌতাম্বদি কাদোক্লা থমএ। মীরামদি লেল লৌহুনা থাদোবপীএ। ২২নি শগোনসেন্দা নিং-ভোনবা ম্না ওনবু কাদোক্লা পীশিজে। ২৩নি ঈরাইদা শগোনশেম মাইথি

১। তাং ৩। ৫। ১৮৭২ হং। ২। তাং ৬। ৬। ১৮৭২ ইং জ্যৈষ্ঠ ২৫ সূর্য্যগ্রহণ দিবা ইংরাজী ঘন্টা ৮। ৩২। ১১ সেকেণ্ড গতে স্পর্শ ১০। ২০। ১৯ গতে মোক্ষ। স্থিতি ১। ৪৮। ১০

বৈথেল্পা খুলোইনৈ। ২৪নি থাওয়ানদা য়ুম্বারাই। ২৬নি মিংথৌকাবদা শ্রীযুৎকা সাহেবনা দরবার তৌএ। তোপ ১১বক কাপএ। ইংরেন থা থাওয়ানা হল্লে। ৯নি নিংথৌকাবদা ইংরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৪নি ঈনাইদা য়ুম্বারাই। থানিন নোং থাওয়ানদা উচৈবাদগী কৈ ১ কাবকএ। অদু য়ুমিতা য়ুম্বারাই। ১৬নি নোংমাইজিংদা অবাংথোং তুরেল্পা অওাং নিপা থোয়রি কক্তথা ১ মাওকমগা লোয়নহনা তাংথরকএ। কৌমুংদা লোক্তনা শঙলিংবদা থোয় লেপ্লে। শিংলুপ্পা পোৎলোই। ২৬নি লংমাইজিংদা লোইতোংবা কুবিৎহুথনা পাজৈজম তোম্বু ওাংমহনা নিংথৌজম মাইবিনা থা ৭কী গড মৈথহনা ওইনাম দাউওবীনে মাথোয় ৬মা দণ্ডি মণ্ডিক ওকপা তৌএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা কাপোকী য়েস্রেপা শাক্লৌ, নাহৈকাকপা ২মা চেনখিএ। থাখি নোং লংমাইজিংদা বামোন তনত্রধানবে, বামোন চক্রপত্তিনে ২মা ইনৈগী নিওাই তৌবৈএ। তনত্রধাননা চুমএ। থবান থা নিংথৌকাবনা হল্লে। অদু য়ুমিওা থকী তেন ২ তাই। য়েস্রেপা শাক্লৌ নাহৈয়াকপা ২মা কাকএ। শ্রীযুৎনা মাইবা কৈরংবগী মাওোপ্পা কীর্ত্তোন তৌবিএ লম্বোইপালা শকএ। ৫নি ঈনাইদা[1] খুম্বোংময়ুমদা অমাপুরেন য়েকোব শিএ। ৮নি নিংথৌকাবদা মবুথৌ নিংথেম পোকপগী মনাই নিওোনবা লৈহনা থিস্থিএ। ১১নি শগোলমসেলদা থোও ৪মা য়োনা লম্বী কাওপা খুলোনগী লম্বী লম ১ থপাই রাং-১ য়ুংহনা মাওোপ্পা লেরাংক্রি থামব' হৌএ। মেয়াগী চাউবেল্লম থাল্লে থোও ৪মা শওপানবা পূরমক পাওমৈগী শত্রী তৌবদা বিচার থংনবা লাহাক্লিব ইহনা থোও শওপানবা পূরমা য়াল্লে। ১২নি ঈবাইদা থবালগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি ঈনাইদা[2] কাংওবমচা থাংগান তুলি নাহা মেঙোয়বনা অবামহাও মাবা চৎনবা ওগ্রম লম্বী শেম্বা চৎলে। ২৭নি ঈনাইদা চনম্বা হাজারি শিএ। লাংবন থা হমলকৈশনা হল্লে। ৮নি লৈপাকপোকপদা[3] লৈমপোকপা কৈরুংবন লৈপাংথোংগী লম্বি শেম্বা হৌএ। ৯নি ইমশকৈশদা কুমকিদগী কৈ ১ কাপ্লবএ। ১০নি শগোলসেন্দা শায়ু থোং হৌএ। ১১নি ঈনাইদা উৎ ( উট ) কৌবা শা শিএ। ১২নি থাওয়ানদা শগোলশেমগী বিচার চুমদে হায়রহনা চোংথামচা অওাং অদোন শগোল থিদংবু কৈদা তথএ। থাংজমচা শাক্লৌ, লাইরামচা থাপম লাকহনবা ২মাদি বাইকোক্লা লোই থাইএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা

১। তা ৯।৮।১৮৭২ ই°।
২। তাং ২৩।৮।১৮৭২ ইং।
৩। তাং ১০।৯।১৮৭২ ই°।

লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি ইমশকৈশদা[1] নিংথেমগা সাহেপকা দরবার তৌহুনা নুশৈ ওঙগী সৌবাইজমচা পোইলা তুলিহল মেজোর, কাংঙবমচা থাংগান তুলিবাহা মেজোর. বাবোন লৈহাও থাবম গোকুল থুমজাও পুরেন ওমাদা সাহেপনা স্না, লুপা, ফুরিৎ, ১। ১ জোইপুর, ইরুফি অরোনবা ১। ১ পীখিএ। শ্রীযুৎতা নোংমৈ কোম্বোং চনবা ৫০০ চিদাক থাথা ৫০০০ গা লোয়ননা কৎলে। ২১নি নিংথৌকাবদা ওরাওশংকুলৈমগী লাইকথদা কেগে মানবিদা মৌমম অঘা শাকুইনা পানহবু আইমোন হাওনা শ্রীযুৎতা কৎলৈ। ২৪নি শগোনসেন্দা অকাব হাও কাংইকোম্রচিংবা হাও ৪গা ককলোই হাও ৪গা শামু মমা ৩গা লোয়ননা শ্রীযুৎতা কৎলৈ। চেংথাংচা অচাং অদোনতুং কৈতম্বা লৌথোকএ। থাংজবা শাকংবা লাইশ্রবা শাকংবা ২মতুং লোইদগী লৌখৎপি। ২৭নি লংমাইজিংদা লাইকম সিকাটগী তাথেম নিপা ১ মাকলং থানাগী লৌরেম্বন নিপা ১—১মক চেনখিববু নুশৈ নিংথৌগী মচানা শা ভানবদা থাবকএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা কুমফিদা মহাবু চিকপা কৈবু কাম হাযহুনা লৌ পবি ১ পাঙখিএ। থাশি মোং ইমশকৈশদ থুম্বোং অয়াপুরেন মেজোরগা নিংথৌজাম্বগা চেনখিএ। মেদ্য থংদি শগোনসেন্না হন্নে। ২নি ঈরাইদা ফুরিংশাবগা কিপাবগা নিংথৌফি ককপগী বহনহুনা ফুরিৎ শাবনা চেবপ্তা তুকহনা শ্রীযুৎ স্না মাথদা বিচাব তৌনহুনা মাইবা পন্তিৎ কৌশিন্দুনা হংনবদা কিনাবনা চুমএ হাযহুনা কিনাবনা ফি ফনখিএ। ৩নি থাঙজদা বা ওবমচা মেজোরনা শুগুবম চন্তুনা কানা থুমখোংদা কোর শাহুনা লৈরিঠৈ ২৯নি শগোনসেন্দা অকাম হাংগী পাউ লাকএ হাযহুনা মেজোরনা হংতুগী সিংগাংবগা অকাম হাওগী কামদে কৌবগা হাও ১গা বা ঙাংনবদা মেজোরনা বোগাথংগী থুন কমতেদা বা মুমা লৌকও হাযহুনা ওনখিএ। ছিবাঙ্গে থা অহন নোং থাঙজদা[2] কাংঙবমচা থাংগান মেজোরনে মাশান সাহেপনে মেম হনাচিংনা মাইবা অবাম্বমচা চন্দ্রবোদেন কমইহনবা লাইতোনজমচা ওবাঙ্গো কনইহনবা অসি বৈবিকা লোযননা কবো লম যেম্বা চৎলে। ৫নি নিংথৌকাবদা ওকলুগী লাই তৌরমএ। ৯নি থাঙজদা কবো ইতুপকী মীয়াচাওনাচিংবা পুংফু ২গা মী ৫০ গা লোয়মনা লাকএ। কাংঙবমচা মেজোমগা সাহেপকা ২মবু থুকমহুনা ননাই ম্যাথোং হবাওরে হাওপুং তাইবিরমও হাযহুনা মেজোরনা হাও তাইবিবমএ। ১৪নি শগোনসেন্দা তুমুগী চাওনাইথম

১। তাং ১৮। ৯। ১৮৭২ ইং। ২। তাং ২। ১১। ১৮৭২ ইং।

খুল্লাকপা চহি ৪১ শুবনে, পোইম্বা খুল্লাকপনে ২মাননিংবা মী ১০০ লোইনরকএ। মাথংত্তি ইংখিরাকপনা মী ২০০ লোইমররকএ স্রা পে ২ থারকএ। মাথোয় অসি তুমু খুল্লাদা লৈএ। ১৫নি ঈরাইদা চংরোংত্তি ইংখি খুল্লাকপনাচিংনা মী ৫০ লোয়ননা লাকএ কাংশুবমচা মেজোরনে, সাহেপনে, বামোন লৈহাও-থাবমচা থুমজাও পুরেল্লে ৩ অসিনাচিংনা মীয়াম পুন্নমক থিরবদা অরাগী ইংখিরাকপনা মণিপুরগী উচানপোকপী থানাবু পোংথা ২বকী লমতুপ য়াঙৌপোকপী য়েনা হোংথরকএ হায়দুনা শোমশোক মিংথৌ চৌকিকানা অরা নিংথৌদা হায়রে অহুম্দমক ঐবুন্না অরা নিংথৌনচিংবা চয়াইগী মন্ত্রী ওমা কাওনা হায়না কমনে নং ভাংমক হায়দুনা লাকপনে। অসি থৈবিক ভাংনরবদা রা পুন্নমক্তং কনগনি হায়রমদুনা হনখিএ। ২১নি শগোলসেন্দা কাংশুবমচা মেজোরনে, সাহেপনে বামোন থুমজাও পুরেননে গিবাগী বাবুনে কোজেংবা সুবিদারনে, থোইস্রা সুবিদারনে, শানৌজম সুবিদারনে, নোংথোনবা জমাদারনে, মোইরাংথেম্বা জমাদারনে, শেনজবা সুবিদারনে, অয়েকপা অওন্দার মেজোরনে, হোদাম্বা অওন্দার মেজোরনে, মাহেংবা মুহোরীনে, হৈস্না মুহোরীনে, কালিকোরগী মোংজাম্বা, মাইবা শঙলেনগী অরম্বা কমই হনবনে, লাইজোন কমইহনবনে, পেথ্যা লালজুপ চিংলমবনে, হাওবম কুৎনে, থিঙুজাম্বা কুৎনে, সিফাই পুন্নমক্তা কবোগী শোমজোক নিংথৌ কেনভাকডন তুমু খুল্লাকপা ২মনা চাকুপা মখোয় ৪মনাচিংদুনা স্নাপে ৪ থাম্দুনা অরা ১৫০ লোয়ননা লাকলগদা লৈবাক ২মগী অহুম্দি থিরবদা 'কাংশুবমচা মেজোরনা ঐথোয়গী লমদি মহারান লমজাওগী মথৈনি হায়রবদা অরাগী ভাঙমনা থুমএ মণিপুরগী লমদি অরাং লমদি ভাংখুন কাওএ মথারমদি কালেকী মনিং মোংচুপ থংবাগী মথৈনে অসি থৈবিকম্বু লাইরিক পুরান্দা লৈরবদি লোও হায়না থুমলবদা মেজোরগা সাহেপকা ২মনা মাইবগী অরাম্বমচা চন্দ্রবোদোন কমইহনবগা লাইজোনজমচা ভবান্দ কমইহমবগা ২মদা লাইরিক পুরান্দ লৈবরা হংবদা লৈ হায়না থুমবদা সাহেপনা মরে হায়রবদা অসিমকপু বন সাহেপ্তা লাইরিক্তদি পিগে হায়না য়ারবদা কাংশুবমচা মেজোরনা অরাগী অহুম্বু নখোয়না উচানপোকপি থানাবু য়াঙৌপোকপী তাদা হোংথরকএ হায়বা অসিবু নখোয়না থংদবনা হায়বনে মৈতৈ ইথোয়গী ইরমনে। কমপাং মরিনম্বং তারম্মে অসিদা হোংথবনে হায়না থুমলবদা সাহেপনা থুন মকম তদা লৈবদা হংবদা মেজোরনা লৈএ হায়না থুমএ। মাইবনম্বু লাইরিক পুরান্দা তমনা লৈ হায়না থুমবদা

অহিং অদু লেকলগা শোমজোক নিংথৌগা কোন্নাকউনগা মেজোরগা বারান পুম্মক য়ামহন্না ঔবা পুম্মক মহুম লৈপাক্তা হন্নখিএ। ২৯নি ঔরাইদা[১] কাংলবমচা মেজোরনে সাহেপনে ২মামচিংহন্না মীয়াম পুম্মক চিংজকু য়ুবী বাই ৫ চাওবা লম ৫ কুইবা ১ খেউ বাই ৫ চাওবা লম ৪ কুইবা ২গা লোয়ননা হন্নকএ। পোয়হু থা ৩নি লৈপাকপোকপদা কাংলবমচা মেজোর, সাহেপ ২মানচিংনা অরা লম য়েন্নকবা থুংলৈ। মেরা থাদি শগোনসেন্না হল্লে। ৫নি নিংথৌকাবদা গোষাইগী মনাই চেনখি হায়হন্না কৈথেল্দা পাও চেল্লে। ৮নি শগোনসেন্দা মোইরাংগী শ্রীথোন্দা কৈনা হাও তান্নবকপদা ইমুংদা চঙহন্না কৈ মচা ১ ফারকএ। থানিন নোং ইমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি নিংথৌকাবদা মযান্নুং সেনাপতি গঙ্গা চৎপা থুংলৈ ২৫নি নোংমাইজিংদা কাংলবমচা মেজোরনাচিংনা সাহেপ ১গা অরা লম যেংনবা চৎলে। ২১নি লৈপাকপোকপদা মাইস্লামচা মেজোর, বাহেংবমচা মেজোর ২মানা লৈমতাক্তগী শংমু ২০ ফারকএ। হিয়াঙ্গৈ থা থাঙজনা হল্লে। শগোনজত্রাস্থ মচি থোবকএ। ৮নি ঔরাইদা তখেল অয়েকপমচা জগসিং, অযেকপম গোপীবানসিং অযেকপম চাওবা, অযেকপম শিরাম ১ জগন্নাথ ময়ুম বিনোদো কাথাবম ইরাবন্ত, থুমথাঙলম মনিক, অশৈবম য়োঙ্গোমসিং লুপলাকপম পক্তাসিং, লৈহাওরুংবম গোপালসিং হাওবম ভুবোলসিং লমাবম শামু. খোংবানতাবম রণমোন, খুমেমমযুম থোলো, নিংথৌশেম্বম পুনে ১, লৈহাওরুংবম পালসিং অসি পুম্মবপু তখেল পুংথৈবনি হায়হন্না শ্রীযুৎ স্না মাংদা বিচার তৌনবদা পুংয়েবা মজে হায়হন্না শ্রীযুৎ স্না মাংদা লোইনখি অদুদা যাওবা মীদি মচা ইবুংঙো মন্ত্রী, খুমুজমচা পণ্ডিৎ, হনজবা তিদং পুম্মা মাওএ। অদু হুমিত্তা সোগাইজমচা মেজোবনা চাত্রিক লম চৎকুনা ববো তমপাক্তা তাহন্না মেজোর ২ উমগনি হায়হন্না চৎখিএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা মচা ইবুংঙো অহল্লুপ লাকপা শিএ। ১৩নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎনা উবিপোক্তা শামু য়েংবা লেংএ। অদুদা খোংঙাক লাইবেম্মদা শামু শজিক য়েংবা চঙশিনববু মাইথনা শ্রীযুৎপু খোংঙাক যৌহৈদে হায়হন্না থাম্ববু শজিক য়েংগনি হায়হন্না চঙশিনবদা স্না শগোন মজে শোইজাওনা নাম্বোক্কুনা শ্রীযুৎপু শগোম মথক্তগী স্না হুকচাং চেপথরকপবু থাংজমচা হন্দুংনা চেনশিল্লকুনা শ্রীযুৎপু শগোন মথক্তগী কোয়থৎহুনা স্না থৌগন ফংজেএ। থানিন নোং ঔরাইদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি

১। তাং ২৯। ১১। ১৮৭২ ইং।

ঈরাইদা পোং নিংথৌগী মচা ১মচিনা মন্ত্রীমচা ৪গা থুংলৈ। ২৪নি মোংমাইজিংদা বুহারাই। থাশি নোং থাঙজদা মি·থেম চেমখিবগীদমক লৈবাকনা থৌগম ১দা শেন ৪০০ থাইদুনা কীর্ত্তোন তৌএ। পোমন্নু খা মোংমাইজিংনা হল্লে। ৬নি ঈবাইদা পোংনিংথৌ মচাগা মন্ত্রী মচা ৪গা ৫মানা পোং লৈবাক্কী পুরকপা য়াইবু য়েংএ। ৮নি মোংমাইজি দা অকায় হাওনা ককলোই হাও কুমখিববু মুপী অম্ভাং ২০ পুরক্তুনা কংলৈ। ১১নি লৈপাকপোকপদা ফুলিহন মেজোরনা খাদাং হাও যারক্তুনা থুংলৈ। ১৩নি নোংমাইজিংদা খোইদিংজমচা উত্তোমনা মেন তোংলমএ। ১৭নি মিংথৌকাবদা লোংজমচা মেজোবনা খিবোম্মৈদা শ্রীযুৎ মপা ইবুংঙোগী পাতাংশোন পুরুম্বা চংলে। পাচন পেংগুন ২মুং চেনখিবা ফাবকএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা কাংঙবমচা মেজোরনা শামু ফাবা চংলে। ১৮নি ইমশকৈশদা সৌরাইজমচা পোইলা মেজোবনা চান্দ্রিক চংলুবা থুংলৈ। অহু মুমিত্তা পোং নিংথৌ মচাগা মন্ত্রী মচাগা মাথোম ৫মাবু ঐখোমগী লাই মোংশাবদা থম্বা পোং নিংথৌনা পিরম্বা হিদাকপু হুকাম্হুং যেংহল্লে। খাঙ থুবোম্বা, তা খাংম্হ নাহা অসি থৈবিক যেংহল্লে। চুম এ হাযহ্নুনা য়াখি। ১৯নি শগোনসেন্দা লৈমপোকপমচা শাজো কৈরুংবনা শেগালম্বী, শগোনমাং লম্থি ২মক লমলে'ইএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা হোদামচা শামুসিং অঙদাব মেজোর, শেনজমচা ওাচান ভাংথুন নিংথৌ স্থবিদাব, খাংজমচা বোলবামসিং কুং ওমনা লমপেৎ শাগী নোংপোক খংবা চিংথোংদা খানা শাবা, থুমখোং ৫মক তৌবা চংলে। ২৮নি খাঙজদা গুরুমযুমগী ব্রাহ্মোন ১মা লৈশাংথেম মৌ ১বু চিংঙ'মখাদা খাঙনা য়াম্দুনা শিএ। ব্রাহ্মোননিবু অয়াবম থাজিমবু হল্লক্তুনা কৈথেম্দা পুং মনাক্তা শগাই শাহ্নুনা হুনিৎ ৫নি ফোঁএ। অহুগা মযাংদা থাজিনখি। বাকচিং খা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৬নি খাঙজদা হোদামচা অঙদাব মেজোরনা থুমখোং ৫ অহুম্ তৌবা লোইহ্নুনা চোংএ। খানাম্হ শাবা লোইহ্নুনা শঙগায়। খানিম নোং মিংথৌকাবদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা বাংগোন পুথী মপান্দগী হৌনা চেকপন কোইবা হৌএ। ১৮নি শগোনসেন্দা মোম্দুমগী শমগোম শঙমে, পাংগৈগী শংগোম শঙনে বাথাদা হোংহল্লে। ১৯নি থাঙজনা লাইবায় পুংলৈ। ২২নি লৈপাকপোকপদা শগোন য়াইশা শিএ। ২৫নি ঈরাইদা মহারাজনা ইরোইশেনবদা শজোম শঙ য়েংলুবা হল্লকপদা ইংরোইশেম্বা চিংথোংদগী উত্রা ফাওবা লমশিং কয়া ওবগে য়েংববু

লম ৩০০০ তুইএ। কাইরেন থা ইমশকৈশনা হল্লে। ২নি শগোনসেন্দা তাকাচে হাওনা মহারাজদা মনাই ঐথোয়বু পাম্নাও শিংনাও তাদরে হায়দনা পানপোম শিংপোম কংতুনা থুকমলেএ শ্রীযুৎ মহারাজনা অসিগী মথৈ পাম্নাও শিংনাই তাজরো হায়না বব পীখিএ। ৩নি ঈরাইদা কুমলোয়দা মী হাংপা মীবু খোকচাওগা থোনাওগা ২মাদি তম্‌থা থাই। লৌক্রাকপনা মুতত্তদা থাইএ। নিথৌজাম্বগা খোইরুবগা লৈশাংখেংদা থাইএ। ৫নি মোংমাইজিংদা শগোল হাইপা হাপএ। ৮নি ইমশকৈশদা শগোন, শন হুবা মী ১২ য়োংহিং চন্দুনা শনলুংশঙদা থম্বু কাদোক্তা পীশিনখিএ। ১০নি ঈরাইদা মবুথৌ পাখংবা শঙগুমএ। ১১নি থাঙজদা শঙগুবমচা সুবিদারনা সিকাই ৫০ পুম্নমা অরাংলম চংলে। ১৪নি লৈপাকপোকপদা কাইরেমগী সংক্রান্তি থৌএ। অহু মুমিত্তা লোংজমচা তোপ মেজোরসু তথা শান সাহেপকা অরাংলম লম য়েনবা চংলে। হান্না অরাংলম লৈরম্বা সাহেপ ওমাগা সিকাই ৬০গা মাওনা লম য়েনববু মাদহুনা হল্লকএ। ১৯নি নোংমাইজিংদা নিংথেম য়ুংওনা লৈপাকী অঙবা পুন্নমাগা সাহেপ ৪গা বাশাইতনকম শঙদ দরবার তৌএ। সাহেপ লাকপা ওমাগী মমিংদি পত্র সাহেপ, কামপা সাহেপ, গুত সাহেপ অসিমে। ১৪নি ঈবাইদা মুংজেং অপিশাদা অকাম হাও ১ শাইরেং পাইহুনা চঙলমএ। লমতা থা ঈবাইনা হল্লে। অহু মুমিত্তা শোগাইজমচা মেজোরনে কাংতবমচা মেজোরনে থামোম লৈহাওথাবা খুনজাও পুবেননে ওমাগা মাইবা শঙলেনগী অত্তোমচা কপ্তিচন্দ্র য়োইরেম হিদংনে নাওরেমচা অমু অথৈবা হিদংনে ২মগা পাজিগী চনম্বমচা কুম্বাবা লাইবিক পাইবিবগা লাইরেনলাকপা লালুপচিংবাগা শত ২মক্তা থম্বা লাইবিক কুম্বাবু সাহেপ ৪মক্তা যেংনহুনা শ্রীযুৎ মপা ইবুংঙো গম্ভিরসিংহ মহারাজ হাকথক্তা অরাং হাও লোইচম্বা হাওখুম ১।২ ইখিএ। ২নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মত্তোন ইবুংঙো নরসিংহ মহারাজ হাকথক্তা নাথম্বা হাওখুন ১।২ ইখি। তামসন সাহেপমা মথোযগী লাইবিক অসিদি দেব নাগরিবা হংবদা কাংতবা মেজোরমা নত্তে অসিদি মৈতৈগী পুরান, মাইব শঙলেন্দা থম্বা মৈতৈ লাইরিকমে হায়রবদা ঐদি হায়ে, বর সাহেপনা থংনবা লাইবিক ইহুনা পীখিগে হায়হুনা লাইবিক ইখি। অহু মুমিত্তা খোইস্রামচা সুবিদারগা সাহেপ ১গা মরাম খুলেন্দা সিকাই ৫০গা থানা কম্বা চংলে। ৬নি লৈপাকপোকপদা পত্র সাহেপনা থোবান মরু য়েংজুবা থুংলৈ। ১১নি লংমাইজিংদা বৌক্রমা ফি

কৌএ। ১২নি মিংথৌকাবদা নিংথেমগা সাহেবকা দরবার তৌএ। ১৩নি য়ুবরাজকৈশাদা সাহেপনা লোকতাক্তা লম 'স্নেংব' চৎলে। ১৪নি শগোলসেন্দা লমতাগী সংক্রান্তি ওই। অকাম হাও কোগতংগী মচা মনাও কাংলোক্তা থম্বু থাদোকশীখিএ। কমপা সাহেপ, গুড সাহেপ ২মম্তু মথোয়গী সিকাইগা অয়াংলমতা হুনখিএ। ১৬নি থাউজদা ইবুংঙো য়ুবরাজমচিংবা মচা ইবুংঙো মন্ত্রী মকু ইবুংঙো শামু মেজোর কাংঙবমচা মেজোর সাহেপ ২মগা অসি খৈবিক য়াওনা শক্তেনগোংদা অকাম হাও কোগতংগী মচাগা নোংমৈ তোপ থাও, তা, মচুম পিথক্তনা য়াশকহল্লে। হুইরিন থংনৈএ। অকাম হাও ঐখোযমা তাওরবদি য়ুমিং থা লৈবাক নিংথৌনা চুমতনো নায়োই ওইরগে হাযনা য়াশকখিএ। অশিবা কোগতংগী লুনচিংবা হুনখিখিএ। মাখোযবুম মচা ইবুংঙো মন্ত্রী মাইস্নামচা শামু মেজোর ১মনা গুগ্ৰ যৌনা থিনখিখি। ১৮নি নিংথৌকাবদা কাংঙবমচা মেজোরনা সাহেপকা অয়াং হাও লমদা লময়েংবা চৎলে। ২৯নি শগোনসেন্দা নম্বোল লাইতোক্তমদা গুবাইশনগী মনাই য়ুপী ১ থৌখি যান্দুনা পিএ। শজিবু থাদি থাউজনা হল্লে। অত্তু য়ুমিত্তা মচা ইবুংঙো মন্ত্রীনে মাইস্নামচা শামু মেজোরনে থামে'ন ম'গ্রাথাবম য়ুবিদারনে গুগ্ৰ হক্তবা হিদং, অনাম মামফৌগী খুম্লাক লুপলাকপা অসি খৈবিক যাওনা অকাম হাওগী বাবোন হাংগা মাগা লোইমবা হাও পুম্নমকা কানা তেজোম্দা হুইবিন থংনৈ। শজ্জং মতু নাননৈএ। মশাস্তু চাননৈএ। অকাম হাও ঐখোযনা তাওরবদি শজ্জংনা শিবগুম শিগে উংকুম তুমগে হাযহুনা কামহাও কাইগোয়াচিংবা হাও পুম্নমক বাশকনৈ। ৩নি নিংথৌকাবদা অকাম হাও যাতোন নিংথৌনা নোংথৈ ১ শজ্জং ১ পুরক্তুনা লৌই হাগে হাযরববু থাংজবা থো জাই লম্বুনা অকামহাও য়াতোন নিংথৌ নংবু মৈতৈনা হাৎকনি হুনখবো হাযরবদা থাংজবদা নোংথৈনে, শজ্জংনে শিবমহুনা হুনখরে। অকাম-হাও যাতোন নিংথৌগী মতোম্দা কাংঙবমচা থজান মেজোরনা নচা নিংথৌদি কদাইনো হংলদা থাংজবা থোংজাই লম্বুনা মৈতৈনা হাৎকনি হুনখবো হায়হুনা হুনখবে হায়রবদা থাংজবনা হায়দে হায়রবদা অহুদি নখিংতা শাম্ফি তৌনৌও হাযহুনা নোংমৈ মচুম কৈ ময়া থকনৌ হায়রবু অকামহাওদি থকএ। থাংজবদি থকপা ঙমদে য়াদি লোইনরক্তে। অত্তু য়ুমিত্তা মন্ত্রীমচিংবা মাইস্নামচা শামু মেজোরগা ২মক অকাম হাওগী শাখি তৌনবগা থুংলৈ। ৪নি লৈপাকপোকপদা সাহেপকী মতু বশাইতরীবা চওখিএ। ৬নি শগোনসেন্দা গোবাই ১ থুংলৈ।

১২নি মুমশকৈশবা শন্নুংশন্নবগী শন হুই হারহুনা কৈথেল্লা যৈহুনা কাদোক্তা থম্মে। ১৩নি শগোনসেন্দা সাহেপনা অন্নাংলমদা লম রেংল্লুবা থুংলৈএ। কাংভবমচা মেক্তোরন্থ থুংলৈএ সাহেপ ওন্থুং অন্নাংলমদা হমথরে। ১৪নি ঈরাইদা[1] বিষুব সংক্রান্তি ওই।

মাওরেম চাওবগী কুম শক ১৭৯৫—১৫নি থাঙজদা শজিবুগী পালোক ওই। ২৩নি নোংমাইজিংদা শরুখুবমচা সুবিদারনচিংবা কাচাই থুগাইবা চৎলে। ২৮নি ঈরাইদা অহিংদা ভুংশিং রাম্না কম্না শিংতুনা মাইরাম মুগী ১ মুন্না মন্দুনা শিএ। কালেন থাদি নিংথৌকাবনা হন্নে। ২নিস্থ পান্নে। ৭নি নোংমাইজিংদা গোষাইনা পোলাদেপলৈনা শঙশাহোই, চিংমৈরোং হাওখুন ওমকপ্পু কুমদৈ তৌহন্নে। ১৩নি থাঙজদা গোষাই চঙথিএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা[2] কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি শগোনসেন্দা পাওভাক হ্রিলেন্দা ওাথৈ সাও ১ ঊশিংদা শিএ। ইঙা থা লৈপাকপোকপনা হন্নে। ৩নি শগোনসেন্দা শ্রীমচা ইবুংঙো স্না থম্বোনচিংনা কাংজৈ শান্নবদা হৈক্রুজম মচা ১ শগোন্দগী ভাহুন শিএ। ৮নি লৈপাবপোকপদা শংখুবমচা সুবিদার কচাই থুগাইরুবা থুংলৈএ। ৯নি মুমশাকশদা[3] শ্রীমচা ইবুংঙো মুবরাকগীদা শ্রীভাগবত লোইনা ওাই। ১১নি থাঙজদা নিংঙেনগী শিনাইবা মতু মবা মবাং চেন্নরবু কারকএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা নিংথৌশেনবা ওাইরাংবমচা কোম্ব দা হৈনৌ হেকপদা ভাহুনা শিএ। অন্থ দুমিতা ভানরৈবদা কাবা নাওরেম নিপা ১না থুম্ব উপ্পদ বঃ থোক্কুনা কৈথেল্লা পাং ভিংহুনা কোএ। ১৬নি মুমশকৈশদা[4] শ্রীযুৎ স্না যাথং সোরাইজমচা মেক্তোয়দা শিন্নহুনা থোকচাও মুক্তোনশিং থানাদার, লোশিঙোসিং বাংথৈ কুৎ—২মকপ্পু মুংচাই থানাদা মোলোম ১ শাবাং ১ চোংপু ১ হাওখুম ওমা শেমহন্নে। অক্ষেবা হাওখুন্দস্থ হৈকোম শেমহন্নে। ১৯নি থাঙজদা ইঙাগী সংক্রান্তি লোইএ। ইঙেন থা মুমশকৈশনা হন্নে। ২নি ঈরাইদা[5] উত্রা হৌএ। ৩নি থাঙজদা কৈবুংদা লৈবা বামোন কুরাইলাংপম ১না কৈশান ১ কারকএ। ৫নি নিংথৌকাবদা বুরুন[6] সাহেপনাচিংনা সুবিদার ১ অওদার ১ সিপাই ৫০

১। তাং ১১।৪।১৮৭৩ ইং চৈত্র ৩০ চড়ক পূজা চৈরাওবা।

২। তাং ১৩।৫।১৮৭৩ ইং জ্যৈষ্ঠ ১। ৩। তাং ৪।৬।১৮৭৩ ইং।

৪। তাং ১১।৬।১৮৭৩ ইং। ৫। তাং ২৭।৬।১৮৭৩ ইং।

৬। বুরুন সাহেপ—Dr. R. Brown,

অয়াংলমলগী থুংলৈ। তোপ ১২য়ক কাপএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা তামাশেন সাহেপ, ভর্ণেল সাহেব ২মা চঙখিএ। তোপ ১২য়ক কাপএ। ৯নি ঈরাইদা[1] ময়াঙ্গু সেনাপতি গন্দা চৎপা থুংলৈ। ১০নি থাঙজদা ভথেন্নথম সিপা ১ পাঙনগা লোয়মনা ময়াংলম চেনখিবদা পাঙনগী ঈশিং থকএ, গ্রাচিং তৌবিগে হায়বদা য়াদহুনা পাঙন ওইহনখি। ১৬নি ঈরাইদা[2] শ্রীমতি ময়াসিজ নিংথৌ পোকপীনা শ্রীরাধা গোবিন্দগী লৈ লেংবদা কাকথৈ লৈরমমে হায়হুনা কাকথৈন্দ্র য়োংহিং চন্দুনা গুণ্ডুদা লোই থাই। অহু মুখিত্তা নাথোইবা তিননাথনা নিংথেন টক্কেবগী থাবা নোংমাইথেম ভাবন্থু থুক ওবে হায়হুনা নিংথৌ শেমগে তৌরমমে হায়হুনা অত্তৌবা মী অহু কাপৎলে। ২১নি লৈপাকপোকপদা ইত্তেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি ঝুমণকৈশদা কৈশাংতৌবা শেকমাই অয়াংদা, ইবুংশি নোংমাইথেম ভাবনা থাঙ্গদা, কোনশবনা লাংঙখেন্দা, লোইতোংবা পাজিনা পলেন্দা, য়েম্রখোইবনা শগোলমাংদা, তাতোম্বা শেন্দুং-লমবনা খোবিখুন্দা, মীমৈবাক বাথোন য়াঃত্তিন্না হৈয়ে।ক্ক, বাথোন চন্দ্রনাথনা থাঙবোক্তা, গোপালনা নিংথৌখোংদা অসি পূম্মক লোই থাই। ইরোম গোপি অমান্দারদি মকম থাই। ময়বাক লম্বোইবা দিননাংতি ময়াংদা হনখি। অহু মুখিত্তা শ্রীবুধহু মকোইদা কৈ কাবা চংলে। নোংমদা মচা ইবুংত্তো যুবরাজনা কৈ কাবকএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা খুমনলম্বম মাকতিং ভাবা কপগা চীংদোং ভাবা পূর্ণসিংপা পিবা মুম্ববু পূর্ণসিংনা চুমত্তনা মুমলেন পিবা ওইখি। মাকতিং ভাবা কপদি মপু লৈরমহুনা থাশিএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা কাদোকী ময়াংলম্বম ১ হৈমাংথোংজম ১ ইরোম ১—৩মা চেনখিবু ভমা কায়। ২৯নি মুমণকৈশদা হৈনৌ খোংনেম্বীদা নিংথেমগী নিজ নাই লৈবা কবুই হাওনা শন হাংলে হায়হুনা পুথৎলকএ। থবান থাদি ঈরাইনা হল্লে। অহু মুনিত্তা হাইখোংদগী লৈরাম মোদম্রা কৈ ১ কাবকএ। ৭নি নিংথৌকাবদা হুইত্রোম্বা হাইতেম্বা পৈথোপতা কুথাং পুহুনা চংলমএ হায়হুনা বোন্দি থমএ। ৯নি থাঙজদা অসেম নিংতোন পাঙম শংবৌনা সাহেপকী দুপা হুই হায়হুনা কবোদা পীশিনখি। ১২নি লৈ-পাকপোকপদা[3] কোম্বংদা য়োং ১ চঙএ হায়হুনা য়োংহিং চন্দুনা হাকচিংগেদা লোই থাই। ১৪নি থাঙজদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৯নি ইরাইদা

১। তাং ৪। ৭। ১৮৭৩ ইং। ২। তাং ১১। ৭। ১৮৭৩ ইং।
৩। তাং ৫। ৮। ১৮৭৩ ইং।

শ্রীযুৎ ম্না ম্লাবা পুন্নক লৈরক্লা তুশী তুপা ৪। ৫ তিরক্ষুমা বা থোকএ, তিনথরোই হায়রুমা পাও চেনে। লাংবন থাদি মোংমাইজিংমা হুরে। ৯নি নিংথৌকাবদা মোবী নিংতোম্মা মম্না বাংথৈবগী মমুমদা চাক চাই হায়রুনা শ্রীধামাদ্দি ঠাকুর থামোন হুরবা ২মক্পু শ্রীগোবিন্দগী চরণামৃত পিথক্লুবা ওয়াচিং তৌএ। ১৩নি ঈরাইদা[1] থুরাইজম তাওবুংথোক তাবা তাবোক্না ফুংগা ২মা লাইগী থংনবু মোইরেংবম তাবনা চুমহুনা তরুং থোইহুগে হুইদোন লাইরেম্বা লাই মতৌ মনাও থারোএ। থাবলৈরেন[2] মহুতেকবা লাই মতৌ মনাওনা তাওবুংথোক্লা লৈদা লাইনে হায়রনা থুরাইজমচা অতাংজাও হাজারিগা লোয়নবা তাওবু থোক্লা পীখিএ। ১৪নি থাঙজদা[3] হোদামচা শামুসিং অওজার মেজোৱনা বাংজিংগা লমলিংগা ২মগী মরক্লা কৈথেল শেমএ। চিথেক ৪দা থোংনাং থাই। ১৬নি মোংমাইজিংদা জিরেন ২মাবু নাহারুপ থাবমচী হিনা হাম্লা চিংথৈ হায়রুনা চৈরাপ গাবোং পঞ্চিং মাওনা থরবদা অনহনে হায়রুনা কোবহল্লে। ২৫নি লৈপাকপোকপদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওই। ২৭নি লগোনসেনদা থামোন শামুরাইলাংপম নিংতোম ১গা মাইবম নিপা ১গা ওংমহুনা ২মক হাওজোংবন ওইরদে হায়না হাওজোংবন্দা কুমথিবু বিচার লৈবি হায়না পুথংলকএ। বিচার তৌনবদা চুমএ হায়না হাওজোংবন ওইথি। মেরা থা নিংথৌকাবনা হুরে। ২নি লৈপাকপোকপদা[4] সাহেবমা চিংতাদা লৈগে হায়না অহিং ১ লৈববু লৈবা ওমদহুনা চেনলকএ। মমুমসু পিদোকএ। ১২নি ঈরাইদা নিংথৌবি চৌএ। অদু থুমিন্না শ্রীযুৎ ম্না থোং লোয়হুনা মোবা নিংতেমন লৌহুনা লৈবা থংথৈববু থৈহুনা থাদোকএ। ১৩নি থাঙজদা অরাং মথেং লোকচাউদা থাহেংবমচ মেজোরনচিংনা শামু কাবা চৎএ। ১৯নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ ম্না মাংদা চৈরাপকী ইতোলিং মচা ইবুংতো যুবরাজ, মচা ইবুংতো মন্ত্রী, মবাই ইবুংতো চিংতাখমচা পুখ্রনবা শ্রীবিজয়া গারোংবী সৌগাইজমচা তুলিহল মেজোর মাইবা শঙলেনগী থুমুজমচা পণ্ডিতনচিংবা অহংখেমচা হিদাক কানবা হুরবা, নিংথৌজমচা পোংশংবা হিদং অঙোমচা লাইকম শেল্লুংবা, ব্রহ্মচারি মহুম ঠাকুরদাস বিদ্যানিধি অসি পুন্নমক য়াওনা চোংথামচা লাইকম হাজারি চুবাসিংগা চোংথামচা শাক্তৌগা পিবা মুমরগী

১। তাং ৫। ৯। ১৮৭৩ ইং।
২। থাবা লৈরেন—কংলৈগী নিংথৌ ওইবগা থাবা শোকচুবা।
৩। তাং ৬। ৯। ১৮৭৩ ইং। ৪। তাং ২৩। ৯। ১৮৭৩ ইং।

বিচার তৌনববু শ্রীযুৎ স্না মাথং চোংথাম শঙ্গাইগী ঈ. লাইকম হাজারি নখোয়মসু চোংথাম মঙ্গলগী ঈ. নখোয়মসু শ্রীমা পুরা অসি নমিং নমিংনা মেংজো হায়না মেংনবদা শঙ্গাইগী ঈ চুরাসিংনা চুমহনা শ্রীযুৎ স্না থুংনা শ্রীমা পুরাদা চোংথামগী লাইরিক লাথুপ থুপলববু চুরাসিং হাজারি নং মুৎচবো হায়রিবি। চুরাসিং লাইকম হাজারিনা শ্রীযুৎ স্না মাংদা স্না শন ১ লুপা ১ বাথেএ। চৈরাপুসু মাইবা শঙলেম্বদু বাথেএ। লৈপাক্কী অহুমদসু মাই ১ বাথেএ। নঙ্গোমগী ঈ শাজৌদি লাম্রে হায়দুনা মাই ১ থ'কোংএ। চোংথামচা নাহাকপ হাজারি. পিলাংথি মেজোর মচা নিংথৌ শেনবা থনবা ওমাদি হায়রোইতপা বাবু হায়। মাগী ২ দন্নি মণ্ডিকচাবা লোই থাগ্রো হায়না চৈরাপ্পা পিথোক্লুনা চোংথাম চা ওমনা ইপুকনদি স্নাদে হায়ববদা শ্রীযুৎ স্না মাথং ঐনা তৌবা বিচারবু মাদে হায়ববদি চৈরাপ্পা ১বক পিথোগে অমুগা তৌনৌও হায়না দোলাইপাবা শঙদা বন্দি থমহনা বিচার তৌনববু শ্রীযুৎ স্না মাথংগী বিচারনা চুমহনা হিয়াঙ্গৈ ২৬নি নোংমাইজিংদা চোংথামচা নাহাকপ হাজারিনা কামেংদা বিলাংথিমা লৈশাংথেমংদা মেজোরগী মচা নিংথৌশেনববনা লাংঙথেম্বা লোই থাই। ২১নি থাঙজদা মরবাক বামোন জগন্নাথবু মাগী পুজারি বামোন ১মা থাঙনা বাত্রে। ২৪নি লংগোনসম্বা মেরাগী সংক্রান্তি ওই। ২৩নি ঈরাইদা ইরোমচা অকবা শিএ। হিয়াঙ্গৈ থা মুমশকৈশনা হল্লে। ৭নি লৈপাকপোকপদা বাঙ্গেংবমচা মেজোরনা জনাং-লোমদা শামু তামবা চৎলে। ৮নি মুমশকৈশদ[১] মাএৰিথোং হরাওবদা মবুধৌ পাথংবা চঙদুনা কোম্বুংদা পুখৎলকএ। অদু মুংশিত্তা নিংথৌ খাংদগী মপু হাংপা ইরোইজং পুখৎলকএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা অবাঙবা লোইশঙবু হজাম অহিংবা পিমু হাম্বববু পিদহুমা বৈরুং শেলুং মাঙনা শ্রীযুৎ স্না মাংদা বিচার তৌনবদা নিংজোম্বমচা মচাহনবু স্না মাংদা যৈএ। অরাং পুরেন শিননাইবা ১ শমজিমা ১ সোইব্যা ১ লৌরেম্বম ১ — ৪মা কৈথৈএ। থানিন নোং লৈপাকপোকপদা থা শানা মংএ। ২০নি নোংমাইজিংদা কৈদাপুংদবু শ্রীমতি মমাসিজ নিংথৌপোকপীনা মী কৌথৎহনববু লাই থোকপগী লাইকং থাদরিথবু পুখৎলকএ হায়দুনা চিঙাইদা কৈথমএ। নোংতালনদাইদসু মুহাবাই। ২১নি নিংথৌকাবদা তাউরেম নিঙোম শাইবেম ওংবীবু মথু মবা খৎনবদা মথমগী মখুৎপু থাজোমা লেপ্লে হায়দুনা থুলগোইখৈএ। ২৩নি মুমশকৈশদা[২]

১। তাং ২৪। ১০। ১৮৭৩ ইং। ২। তাং ২। ১১। ১৮৭৩ ইং।

হাহেংবা মেজোরনা শামু য়াপনবা ১ কাম্নকএ। ২৪নি শগোনসেন্দা মুণী ওইবগী ফিজেং চাকচা বাতৈ লমচং পূম্নমক থঙদগে হায়দুনা শ্রীযুৎ ম্না য়াথং লাইথিক পুখোক্নুনা কৈথেন্দা য়াল্লে। ২৫নি ঈরাইদা শ্যামকালাগী শেন থোবনা ইতু লাম্নৈ হায়দুনা কৈথেন্দা য়ৈএ। ২৬নি থাঙজদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হোৌএ। ২৯নি য়ুমশকৈশদা মীনাই মুণী ১মা মপুনা ঐবু লায়দুনা ইপুক কংলে হায়এ। কংদুনা খাইরমবন্দা মুমিং ৩নি ফোৌএ। পোয়ম্নু থাদি ঈরাইমা হল্লে। ৪নি নিংথৌকাবদা[1] সাহেপকী সিকাই বদলি শিনবা শামু ৭না পোং পুরকএ। মিনুথোংগী কৈথেন হোৌএ। মিংথেম থোক্নুনা শেন চাই। ৮নি শগোনসেন্দা হুইজ্রোম মিপা ১না মরা লৈবা মুণী লাম্নৈ হায়দুনা ম্না কৈথেন্দা য়ৈএ। ১০নি থাঙজদা[2] য়ুহারাই। অদু মুমিং— মুমিং য়ুংবা মতুং পুং ৫ তাবদা থৌরাগী শিংজবীনা মচা ইবুংঙো পোকএ। ১৪নি ইমশকৈশদা নেত্রম ধর্ম্মসিংনা হিদাক তংবগী মহুৎ শিন্দুনা চঙথরে। শাগৈ থাইনথিএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ ম্না মাংদা য়ুম্নাম অমৌবা পিবা চোবোনসিংগা শঙগোইবা হিদংগা থংনৈএ। শঙগোইবা হিদংনা থাইরগে চায় পিবানা ঐদি থাইয়ু হায়বা ঙমলোই, চিংথংখোম্বাগী য়াথং লৈবনা থাইকদে হাই। অদুদা শ্রীযুৎ ম্না য়াথংদা ইবুধৌ ভাগ্যচন্দ্র ম্না হাকতক্তা ঈয়াম অসি ইমথিননথরে থাইফদে হায়দুনা ম্না যাথং তোপ গাবোংতা বাথৈনৌও হায়দুনা হায়দোকএ। অদুগা য়াওবদি শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজ-নচিংবা অঙোম নিংথৌ ১, কুলিহন মেজোর ১, অহৈবা তোপ গাবোংকী অঙোম অপুম্বা, মাইবা শঙলেনগী থুমুজাম্বা পণ্ডিৎ ১ শম্নাংপণ্ডিৎ ১ অসিনচিংবা শঙগী হজবা হিদং য়াওনা য়ুম্নাম পিবামা লুপা ২ বাথৈএ। অসি মতুংদদি তৌকদরে হায়না লোইনথিএ। ২১নি ইমশকৈশদা[3] কৈথেন্দা মুণী ১না কোরিনা লুপা ওনহনদে হায়দুনা কৈথেন্দা মুমিং ৫নি ফোৌএ। মতুংদা তৌরবদি নথুং ককনি মমিং হনগনি হায়দুমা শামু তোংদুনা পাউ চেন্নে। ২৪নি থাঙজদা[4] কাংজমচা মেজোবগা সাহেপকা অম্নাংগোমদা লম য়েম্নবা চংলে। ২৫নি লংমাইজিংদা মাইম্নাম শামু মেজোরনা কেংম্নাং লোক্তং শামু তানবা চংলে। ২৬নি নিংথৌকাবদা পোয়ম্নুগী সংক্রান্তি হোৌএ। বাকচিং থা থাঙজনা হল্লে। ১৩নি ইমশকৈশদা লাইশ্রমচা জমতুখান পোইলানা

১। তাং ২৪। ১১। ১৮৭৩ ইং।
২। তাং ২৯। ১১। ১৮৭৩ ইং।
৩। তাং ১০। ১২। ১৮৭৩ ইং।
৪। তাং ১৩। ১২। ১৮৭৩ ইং।

সিকাই ৫০গা লোয়নহুনা চেপ্ থুমখোংদা উ রান্দবা চংলে। ১৬নি থাঙজদা ছুপী চেনবগী বা থোক্কনা য়াম্বেম নিপা ১ রাংখেম নিপা ১—২মা কৈথেন্দা য়েংহুনা থাদোকএ। অখোকপম নিপা ১ ভাংবম নিপা ১—২মাদি কাদোক্তা পীশিল্লে। মখিং নিপা হাও ১মা পাম য়াথবদা মচাবু মপাগী থাঙনা থোক্কনা শিএ। ২১নি ঈরাইদা মাইস্নামচা শামু মেজোয়না কোয়াংলোক্তগী শামু কাত্তোমপোক ১ কারক্কনা থুংলৈএ। ২০নি লংমাইজিংদা চিংভাখমচা ইবুংঙো শেলুংবহন লাই থোক্কনা শিএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। কাইরেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। অহু হুমিত্তা কেংঙোই হাওকু হাংখিএ। শগোন ১মু মথাইবক্তা মখিং ১ত্তা পান্দুনা পোকএ। ভাজা শিএ। ৮নি লংমাইজিংদা শ্রীরাধাগোবিন্দগী রাসমণ্ডোল শনথোং পাংবদগী হৌনা ফিবাল হুংবা বা মন্নাই থংবা ফিরাল বান্নুং ফিরাল বা ৪মা থকী ভেন্না শোকএ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা লেকমাই অবাংদগী কৈজেংলাং ১ কাবকএ। ২৪নি ইমশকৈশদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি শগোন-শেন্দা চরাংপাতগী কৈজেংলাং ১ কাবকএ। লমতা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২নি ইমশকৈশদা থৌবাগী শিংঙবীনা পোকপা মচা ইবুংঙো শিএ। ৩নি থাঙজদা[1] থৌবাগী অকোইঙনা মচা ইবুংঙো পোকএ। ৬নি লংমাইজিংদা কোইরেমকৈগী ইকুদগী কৈ মচা ২ হিংনা কারকএ। ১৬নি ইমশকৈশদা বিজয়া গারোংভা খম্বা নোংমৈ হিদাক উপু ১কু লাইশ্রমমচা ১গা শোরাইশম মচা ১গা ২মনা মপান্দা পুখোক্রমলে হায়হুনা কাদোক্তা পীশিল্লে। ২৩নি ইমশকৈশদা[2] পুরুন সাহেপকা কাংভবমচা ভুলিনাহা মেজোরগা বামোন লৈহাওথাবম গোকুল থুমজাও পুরেনগা ওমানচিংনা অবাং লম য়েল্লবা সাহেপকা নিঙাই ভৌনহুনা লাং সাহেপকী হুকুম মতুংইন্না ঈশিং মরু য়েংলুবা থুংলৈ। কাংভবমচা থাজান মেজোরগা বামোন থুমজাও পুরেনগা সাহেপ ৪ লাবপদা মণিপুরগী সাহেপকা অবাংলমদা লম য়েল্লবগী হাওখোংবা দেবগী হুম শক ১৭৯৪দা শিখোই হুরা চিংদোন্দা ভাংনখিবা বা অহুবু শোক ১৭৯৫ হিয়াংকৈগী সংক্রান্তি ২৯নি ওবা থাঙজদা মণিপুরদা লৈবা পুলিতিকেল এজেণ্ট সাহেপ ১ ইষ্টিন সাহেপ ৪মানা হায়বা বাদি শিরোইদগী ভাখিএ। ঈশিং অসিদি ভেথাওরমদা ভাথরে হায়রবদা কাংভবা মেজোরনা হায়রকএ। সাহেপ ঈশিং অসিদি অথারমদা ভাখিএ হায়রবদা সাহেপ ৪না মেজোর! ঈশিং অসিনা

১। তাং ২১। ২। ১৮৭০ ইং। ২। তাং ১১। ৩। ১৮৭০ ইং।

অহানমদা তাদরবদি মং কমম তৌগমি হায়রবদা কাংগুবা মেজোরমা থুমলকএ। ঐনা হায়বা মা অসি পোন্নমবদি ঐবু শাহেপ লুকনা কারণি তৌবিরো হায়না থুমলবদা তামাশোন সাহেপনা হায়রকএ শ্রীযুৎ মহারাজগী মথাদা যুবরাজ লৈয়ে যুবরাজগী মথাদা সেনাপতি লৈএ। সেনাপতিগী মথাদা মেজোরনি অশুপ চাওবা মেজোর ১মা শিরোইদগী তারকপা ঊশিং অসিবু অহানমদা তাই হায়রুনা বিচার তৌএ। অদুমা কুমশিদি সরকারগী বা লোইবা ওমলরোই অদুমা লাট সাহেবতা রিপোৎ তৌবা থোকএ হায়রুনা পাংজনা সাহেপ ইষ্ট সাহেপ, অকোন সাহেপ ওমামা জ্ৰীলাৎ সাহেপতা রিপোৎ তৌবা চৎলে। অদুদা লাৎ সাহেপনা অহানমদা তাই হায়রবম্ তেথাওবমদা তাই হায়ববনু অওইবমতা থংলুরো অদুগা ঐনা বিচার তৌগনি হায়রুনা হুকুম মতুংইন্না শক ১৭৯৫ দা ঊশিং য়েংবা লাকপদা পত্র সাহেপনে কপান সাহেপনে মক্রা সাহেপনে, গুড সাহেপনে সাহেপ ৪মা সিকাই ১০০গা লোয়নরকএ। মণিপুরগী পোলিতিকেল এজেন্ট সাহেপ মাগী সিপাই ১২গা কাংগুবমচা মেজোরগা বামোন থুমজাও পুরেনগা ওনাচিংদুনা ২৪নি থাঙজদা সাহেপ ৫গা অহানলমদা লম য়েংবগী ঊশিং মরু য়েংবা চৎলে। ২৫নি লংমাইজিংদা কৈথেন মানবী য়োৌএ। অদুদা চুপ্রিৎ ওনি কাইএ। ২৬নি নিং-থৌকাবদা পোয়হুগী সংক্রান্তি য়োৌএ। ২৮নি ইমণকৈশদা ময়াংথাং য়োৌএ। ব্রুন সাহেপনা কাংগুবা মেজোরদা হংলকএ। মেজোব ময়াংথাং কৌবা অসিবু কবিদগী কৌবনো হায়না হংলবদা মেজোরনা থুমণি সাহেপ। ময়াংথাং কৌবা কৌ অদো মাখোয়না থারমএ অদুদগী মাখোয়দি ময়াংথাং কৌএ হায়না থুমলবদা ময়াংথাংদা নোংমা কাইরমএ। থাদি ঊন্নাইদা থিংবা কারোং য়োৌএ। অদুদা তেলোন শাই। অদুদা সাহেপনা হংলকএ। তুরেন অসিবু কদাইদগী চেনলকপনো হংবদা কাংগুবা মেজোরনা থুমএ। সাহেপ। তুরেন অসিদি কাঙুংদগী চেলকএ। মকম অসি থিংবা কারোং কৌএ, থুমএ। থাকচিং থা থাঙজমা চল্লে। অদু চুমিত্তা মৈতৈ কম য়োৌএ। ২মি

---

পত্র সাহেপ— মক্রা সাহেপ—

বামোন থুমজাও পুরেন—লৈহাউ থাবম গোপাল ঠাকুর। ব্রুন সাহেপ—Dr. R. Brown.

ময়াংথাং—Mayang Khang—a subdivision of the Kuyla Naga tribe. Mayang Khang then was on the Manipur Kohima route, third march from Kohima.

লংমাইজিংদা সাহেপনা মরুম্মী চিং কাহ্নুনা তসপের ময়এ। ৬নি শগোলসেন্দা মৈতৈকমদগী মাও থুমেন্দা ভেজোল শাইএ। ১৪নি শগোলসেন্দা খিবোম্মৈদা শ্রীযুৎ মণা ইবুংঙোমী পাতাশোন্দা কিরাল কংলে। নোংমৈ ২০০ কাপতুনা শলাম তৌএ। শ্রীযুৎকী রচনা শক্তুনা প্রেম তৌবৈ। ১৫মি ঈরাইদা মাও য়োনা হন্দোকলকএ। নোংথোনবা মুবিদারনচিংনা সিকাই ৫০গা ১৭নি লংমাইজিংদা মক্যা যুংবা চংলে। ২০নি শগোলসেন্দা কিরাল মুংলুখা হমলকএ। ২৫মি লৈপাকপোকপদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। কাইরেম থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৪মি শগোলসেন্দা মুংপিত্রাগী তুলিনাহা, মাইথ্যা ২মনা মাওদা থুংলে। ২মাহা জন্নবা পাওদি শেচিকিমৈ কৌবা অহু থুগাই। তাও ২৩ শিএ, হায়না তমবগা সাহেপকী চিঠি য়োবকএ বাদি মেজোরমা খিবোম্মৈ য়োবগা লাকও লুপাতাং থুমগী বা, পতলা সাহেপকীবা হুকুম তৌরকপগা অহু ইখিংঙা ভানসি ঐন্দুং হনলকই হায়বা পাও তাববদা ৬নি ঈরাইদা[1] মাওদগী খিবোম্ম য়োনা চওশিল্লকপগা ভেথাওদগী লাকপা শুত সাহেপহু লৈরমএ। কাংভবা মেজোরগা সাহেপকা ২মা উনহুনা বা ভানহুনা সাহেপনা মেজোর সাহেপ নহাক ইবব চংতুনা রোসোপনাচিংনা থৌবাং তৌরমও ঐদি পতলা সাহেপকা লোয়নহুনা লাকমিল্লগে হায়বদা কাংভবা মেজোবনা পতলা সাহেপকী হুকুম মতুংইদা ঐ চংলমলগে হায়না নোংমা কাইরমলগা ৮নি লংমাইজিংদা মাওদা থুংলরে। ৯নি নিংথৌকাবদা মাওদগী সাহেপকী রোসোপ চেং[2] ৩০ খিবোম্মৈ[3] য়োনা খিমজিনহল্লে। ১১নি শগোলসেন্দা কৌজগা লোয়ননা মাওদগী ভুংচোই য়োনা চংলে। নোংমা কাই। ১৩নি ঈরাইদা ভেজোল শাই। ১৮নি ইমশকৈশদা[4] লাই ইদা ভেজোন শাই। ২৪নি ইমশকৈশদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা লৈপাকপোকপদা[5] হল্লে। ৩নি শগোলসেন্দা সাহেপ লোয়নখিবা মুরাবা জমাদ্দার লাই ঈদা থুংলৈ। মানা তবা পাওদি সাহেপ ৫ খিবোম্মৈদগী কোন-মাবম লাক্তুনা তিলমৈদা থুংলগমি তিলমৈ য়োনা শামলকও হায়বা পাও তারবদা অহু মুমিত্তা ভেজোনগা লোয়নদা তিলমৈদা থুংহুনা সাহেপ ৫মকা বা ভানহুনা নোংমা কাইরে। ৫মি থাওজদা মী ১মা ১৫নি চানবা চেং

১। তাং ২৩। ১। ১৮৭৪ ইং। ২। চেং—চেকোক।
৩। খিবোম্মৈ—কোহিমা। ৪। তাং ৪। ২। ১৮৭৪ ইং।
৫। তাং ১৭। ২। ১৮৭৪ ইং।

পুন্থনা শিচটৈ য়ৌনা চংলে। অদুদা মোংমা কাইরে। ৭নি নিংথৌকাবদা ক্রন সাহেবনা তিম্যেরা লৌএ। ৯নি খুমশকৈশদা য়েনামৈ য়ৌএ। লোক্তা সাহেবনা স্তনবের লৌএ। ভেঙোনম্ থাইএ। ১০নি শগোমসেম্দা মোরমৈ য়ৌএ। ১১মি ঈরাইদা পৃম্নি য়ৌনা চংলবদা হাওনা লাল লাউহুনা পম্বোংদা লৈরমএ। অদুদা পওনা সাহেপনা মেজোর সাহেপপু কৌহুনা হাওদা লাল হৌরমলে হায়রবদা কাংওবা মেজোরনা সাহেপ। ঐনা মাত থাগনি হায়হুনা নিপা ৩০ বেকারিগী লোয়নহল্লে। নিপা ২০ গা লোয়নহুনা মাং থানা চৎএ। হাওনা শৌ য়ায়া থাকলমএ। মীয়াম অতু উরবদা হাওনা কবিম্ তৌরমদে, খুন অদুদা তেঙোন থাইএ। ১২নি থাওজদা থাশিমৈ খুমৌদা থুংলৈ। ১৩নি লংমাইজিংদা থাশিমৈ খুলেম্দা পুংলৈ। অদুদা সাহেপ ৫গা কাংওবা মেজোরগা বামোন খুমজাও পুরেনগা থাশিমৈ খুলেম্দা কাম্বনা য়েনবদা পওবা সাহেপনা হায়, মেজোর! হাওনা মখুৎ খিনলিবা অরাংলম থিললে, ঈশিং চেনখি হায়রিমাল্লে। কাংওবা মেজোরনা খুমএ। সাহেপ ঈশিংদি নোংপোকলম চেনখিহুনা অরাদা তাখরে হায়রবদা পওবা সাহেপনা প্রেমতোন সাহেপকা গুত সাহেপকা সিকাই ২০গা লোয়নহুনা ঈশিংমক্তা য়েংলুরগে হায়না তুরেন য়ৌনা কুমথখিবদা কাংওবা মেজোরনা কোজেংবা অন্দোর মেজোরনচিংনা নিপা ৫দং সাহেপকী মতুং ইনহল্লে। তুরেন য়ৌরবদা অরাংলমদগী মথারম চেম্বরমএ। তুরেন অদুনা পাকপা ম্না লমচৈদা লম ৪৩ পাকএ অদুদা লৈবা নুংদি ঙাংলৈনবা খোঙ্গয়া য়াম্না চাউবা নুং তাই। তুরেন ১ হৌরকপনা শিবোইদগী তারকএ। হাওনদি ভারি কৌবা, সাহেপনদি নরিয়া কৌবা, মৈতৈনদি লাই ক তুরেন কৌবা অদুনা অরাং পাংনা চেন-থৎলকুনা থাশিমৈ খুনৌগী নোংপোক পাংবা অদুদা তুরেল ২মা তিমহুনা নোংপোক মথা পাংনা চেনখিহুনা অরাদা তাখিবা অতু উরবদা হল্লকএ। ভেঙোন্দা হল্লকলবদা সাহেপনা কাংওবা মেজোরবু কৌহুনা মেজোর। নওনা হায়রবনা চুমএ অরাদা চেনখিবা উরে। ঐ য়াম্না ঈকাইরে নওগী নশক য়েংবা ওমদরে। হয়েংদি নওম্ হল্লো। ঐশু হল্লগে। কোময়ারোমদা চৎতুনা থিবোমৈথোমদা হনগে। মেজোর সাহেপনা পওনা সাহেপওা হায় সাহেপকী মখুৎনা য়েপ তৌবা ঈশিং তেথাও তাহনবা অসিদি ঈশিংনা অরারম তারবনিনা লাল্লে, নখুৎনা মুৎলো হায়হুনা মখুৎনা মুৎলে। ১৪নি নিংথৌকাবদা[1]

১। তাং ২।৩।১৮৭০ ইং।

থুবোম ১ কুইবা হাওকাপ ১ পাকপা নুংদা শ্রীপঞ্চযুক্ত মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ অন্থম হায়না ইরে অন্থগা থাংগান মেজোব অন্থম হায়না ইবা নুং অহূদা ইতুমা থুনগী মথা থংবা লম্বী অহূগী ময়াদা হৈনৌ পান্থী ২ হৌএ। ১মা চিংথৈ পাংনা হৌএ ১মা মোইরাং পাংনা হৌএ। মোইরাং পাংবা হৈনৌ অহূগী মোইরাং পাংবদা থগাই ৯ চথোকলগা থুবোম ১ নুমা তৌহূনা ফুমলমএ। অহূদা শ্রীযুৎ মহারাজগী লম ওইরে। রাইকরে হায়হূনা জয় ধ্বনি লাউনা হল্লকএ। প্রিমিদা লেকএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা মনম্বে ম্বৌএ। অহূদা থুন চঙহনলোই হায়হূনা লান হৌরমএ, মথুন থুগাইগে তৌনবদা লাল্লে হায়হূনা চঙজবকএ। ২২নি লৈপাকপোকপদা কমেং ম্বৌএ। কাংডবা মেজোরবু শামু ২মা ওকপীরে। মাঙদা হায়থিবা হাওথুন পুমমক মাগী মাগী মন্তিক ওকপা যেংহূনা শ্রীযুৎ মহারাজগী ওইরে হায়হূনা লোইপোং লৌবকপা লুপা ১৫০০ থাং ৩৫ তা ৩৫ অসি পুবহূনা ২৩নি ইমশকৈশদা স্না কোম্নুংদা থুংলৈ। ২৫নি ঈরাইদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শক্তিস্থু থা শগোনসেন্না হল্লে। ২৫নি লংমাইজিংদা[1] বিষুব সংক্রান্তি ওই। রাজমন্ত্রী পাখিরৈদা লোংচুপ লমদগী বাক ১ পাইরহূনা মাঙোপকী থিজংখোক্ত তো হূনা যেংলমএ। থাংজম চাওবগী কুম শক ১৭৯৬— ২৬নি নিংথৌকাবদা শক্তিবুগী পালোক ওইএ। কালেন থা ঈরাইনা হল্লে। ৬নি ইমশকৈশদা নিংথৌজা শলাই অপূর্ব্বমা মবুথৌ পাখংবগী শঙকাই বুমজাও শানবা শেন থায়। থানিন মোং ঈরাইদা[2] থা শানা কংএ। ২৮নি শগোনসেন্দা বালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থা থাঙজনা হল্লে। ২নি লংমাইজিংদা[3] শলাই ৭মক্কী পিথাবু শ্রীগোবিন্দগী মাঙোপ্তা কৌখহূনা শ্রীযুৎ মহারাজ খোঙ্গুনা থামোন সভা, চৈরাপ. গারোং, অঙম অথৌ পুম্নমা তিন্দুনা চাথি মৌথি চমু নিংঙোন লৌনকবা লৌনকদবা ঈতিন পেনতিন্নবা[4] শলাই গোত্র মামুংনদা থৈবিক অসি লৌনকম্নোই। পান্না রামএ লৈপাক বাবে হায়হূনা শ্রীযুৎ স্না যাথং হায়দোকথিএ। ৯নি লংমাইজিংদা চৈরাপকী শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজনচিংবা অঙম অথৌ মাইবা শঙলেন পেমাখোংবা লোয়শঙনা লাই থাইমবা অসিবু

---

১। তাং ১২।৪।১৮৭৪ ইং, চৈত্র ৩১ চড়ক পূজা চৈরাওবা।

২। তাং ১।৫।১৮৭৪ ইং। ৩। তাং ১৭।৫।১৮৭৪ ইং জ্যৈষ্ঠ ৪।

৪। পেনতিন্নবা—যবেন তিন্নবা।

হুইদোম লাইরেম্মদি পাম্বোইবীগী লাইচৎ তরং খোইমুচাগী[1] মতুংদা, মমুত্তেক-থাদি খাব-লৈরেনগী[2] মতুংদা অহুনা তাওবুংখোক তাবা থুরাইজমগী লাইনে হায়না পীখিবদি অসিননে হায়না থুমএ অহুদা বিচার তৌনবদা ওগ্রহনা শ্রীযুৎ স্নামাণ্ডদা 'পাম্বোইবী খোম্লুগ' লাইখিক ফাক্লুনা বিচার তৌনবদা হুইদোম লাইরেম্মদি তরংখোইমুচাগী মতু পাম্বোইবীগী লাইচৎ ওইরমএ। লাইবিক পুম্নমক্তমু পাম্বোইবীগী লাইচৎ ওইরম্মে। অসিনা মমুত্তেকআগা থাবা লৈরেনগা ২মাদি তাওবুংখোক্তা লৈবা লাইনে হায়না থাবীখিএ। শ্রীযুৎ স্না য়াথং মাইবা পণ্ডিৎনা হায়বা চুমএ পেমা খোংবা লোইশঙনা হায়বা লাম্লে হায়দুনা চৈথাপ্তা পীখোক্লুনা পেনা খোংবা লোইশঙগী লাইতোনজমচা শঙলাকপনচিংনা হঞ্জবা হিদং পুম্নমক ১০নি নিংথৌকাবদা মুন্নিং ৫নি কৈদা তমএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা অহাং মরাম হাওনা শ্রীযুৎতা শামু মমা ৫ কংলৈ। অমস্তুং লোই চদ্দবা হাওথুন শ্রীযুৎ স্না হাকথক্তা লোইচম্বা হাওথুন্দি ভুইথং, মোনলোং, পনলু থুনগা, পুকন থুন, খোংচৎথুন, হায়-তংলমপু থুন, হাওথুন ৬মা শেমদুনা থাজনা নাংলে। শক ১৭৯৬ তা ইংলেন নোংমা পানবদা শেমদুনা লোইশ্রবু কোম্না হায়দুনা হাপ্লনে। থানিম নোং লংমাইজিংদা[3] মচা ইবুংঙো কোইরেংনা[4] কয়ান ওই। ২৪নি নিংথৌকাবদা লাইশ্রম নিপা ১না পাওন ওইখি। ময়াংদগী লম্বোইবা পরমহংস থুংলৈএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদ্দ[5] কাংওবমচা মেঙ্গোরবা অকাম হাও লানচংলে। ২৮নি ঈবাইদা পাউন মুগী ১ মচা বৈ হায়দুনা কৈথেল্দা থুম্লোইনৈ। থাশি নোং লংমাইজিংদা ইংঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইচেনথা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৯নি লৈপাকপোকপদা[6] বামোন হঞ্জবা বোনোক কোমলাদাস্ত, পূর্ণ হিদং ২মনা কোনোক চঙখি হায়দুনা শ্রীযুৎ স্না মাংদা বামোন সভাগী বিচার তৌনবদা বামোন গুকময়ুম লংমাইচিংনা চুমদুনা বোনোক হঞ্জবদি কৈদা তমএ। হিদংদি থাংঙবোক্তা লোই থাই। ময়াম্বা শামানন্দমা হৈয়েন্দা

১। তরং খোইমুচা—কংলৈগী নিংথৌ থাবা শোকচোনবগী মচা নিপা।

২। থানা লৈরেন—থাবা শোকচোনব।

৩। তাং ৩১। ৫। ১৮৭৪ ইং।

৪। মচা ইবুংঙো কোইরেং—চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী মচা ইবুংঙো টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ।

৫। তাং ৯। ৬। ১৮৭৪ ইং। ৬। তাং ২৩। ৬। ১৮৭৪ ইং।

থাই। হৌবা কৈদা ছুমিং ৯নি গুম্বু লৌখোকপী। হিদংনাচিংবম্ কৌখৎপীএ। থবাল থা লৈপাকপোকপনা[1] হল্লে। ৩নি শগোনসেন্দা ইঙেমগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু ছুমিঙ্গা মিংথেম পুমিং শিএ। ৭নি মিংথৌকাবদা[2] থোরানি থোকচোম চহ্ পুথংলে। ১০নি ঈরাইদা স্না চম্বু মাইবমদা থিনথৈ। ১১নি থাঙজদা[3] শৌরাইজমচা মেঙ্গোর, কাংভবমচা মেঙ্গোর ২মা মঙাং চঙএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা বামোন মেঙ্গোর মঙাং চঙএ। থানিন নোং ইমণকৈশদা ওগ্‌গী লাইমুংদা কৈনা হুই ১ চাই। ১৫নি ইমণকৈশবা[4] লাট সাহেপনা[5] বার্তোন লাইরিক থুদোন ইহুনা মণিপুরগী শ্রীযুৎ মহারাজও ঐঙ্গং জিলা[6] ঙুংঙাইবদা লাককে শ্রীযুৎ মহারাজস্ ভিলাদা লেঙলকও চেংলৌ শক উনশে হায়না লাইরিক থুংলৈ। চৈরাপ গাবোংকী অঙম্বা পুম্নমক তিন্দুনা শ্রীমতি মমাসিজ নিংথৌপোকপীদা[7] দরবার তৌহুনা খরবদা কৈ, চৎপা থোকই হায়না শ্রীযুৎ স্না ম্নাথং কাংভবমচা থাঙ্গান মেঙ্গোব নঙদি ৪নি হান্না লখী থোং শেমলমও ঠাকুর বামোন মেঙ্গোব নঙ'দ সিকাই পুম্নমা পুম্নুনা ছুমিং ২নি হান্না চৎলমও। থবান থা ১৬মি শগোনসেন্দ,[8] শ্রীযুৎ মহারাজনা জিলাদা চৎকদবগী যাত্রা তৌএ। ১৭নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজ স্না থোঙ্‌লেঙ্‌এ। থোগন ইনবা অঙহদি মচ৷ ইবুংঙো রাংথৈরাকপা[9] স্না শামু হৌবা,[10] শৌরাইজমচা বোলাই মেঙ্গোর, চিংঙাখমচা থাকম লাকপা, মাইবা শঙলেনগী নিংথৌথোংজা গোকুল সং পণ্ডিৎ, হৈথমচা রোতোনসিং, থোইরেন হৌবা লুরাংশংবা ফমই হিদং, খেলমবা পাঞ্জি, কমলাকান্ত কোনোক হৌবা, রাহেংমচা শঙগোইভাবা পাজিগী লালুপচিংবা লৈপাককী থোগল লাংগল পুম্নমা চৎলে। ১৮নি থাঙজদা[11] শ্রীযুৎ লৈমতাক তাথে। বামোম থুমজাও পুরেনগ।[12]

---

১। তাং ১৪।৭।১৮৭৪ ইং। ২। তাং ২০।৭।১৮৭৪ ইং।

৩। তাং ২৫।৭।১৮৭৪ ইং। ৪। তাং ২৯।৭।১৮৭৪ ইং।

৫। লাট সাহেব—ভারতকী ভাইসরোই অমসুং গবর্ণর জেনারেল।

৬। কাছাড।

৭। শ্রীমতি মমাশিজ নিংথৌ পোকপী—ম'ইখাব চন্দ্রকীর্তিগী মহারাণী।

৮। তাং ৩০।৭।১৮৭৪ ইং। ৯। মচা ইবুংঙো রাংথৈরাকপা—দূলচন্দ্রধ্বজ।

১০। স্না শামু হৌবা—চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী মচা ইবুংঙো কৈজাওবা ওকে বলকীর্তি।

১১। তাং ১।৮।১৮৭৪।

১২। বামোন থুমজাও পুরেন—লৈহাউখাম গোকুল ঠাকুর।

পুরুন সাহেবকা[১] ২মা লোয়মনা চতএ। ২০শি লংমাইথিংদা[২] থোবুম য়োঁএ। ২১নিদা ইরং য়োঁএ, ময়ুথো পাথংবা থোকলক্লুমা শ্রীযুৎনা খুরুমলমএ। ২৩নি ইমপকৈশদা[৩] মকুদা লেকএ। ২৪নিদা জিলা[৪] য়োঁএ। শ্রীযুৎ মহারাজগী মেত্তা ইট সাহেপ, পুরুন সাহেপ, বাংথৈবাকপা, শামু হুজবা থাংগান মেজোর, বোলাই মেজোর, থামোন গোকুল অসিনা চৌকি ১১দা কময়রে। শ্রীযুৎ লাট সাহেপকী ওইনা চীফ কমিশোন সাহেপ[৫] মেজোর বালা কপ্তান সাহেপ, চিভোন সাহেপ অসি কমএ। অমুদা সাহেপনা হায়। শ্রীযুৎ মহারাজমু উনবা অসি য়ায়া হুংজাইরে হায়, মহারাজনা খুমএ। লাট সাহেপপু উনববা অসিদা ঐমু য়ায়া হুংজাইরে হায়রমা খুমএ। লাৎ সাহেপনা হায়। অদা লৈপাক অসি ১তা ওইনবরা হংএ। ওইদে, বাগীমথৈ খঙনবা মতাই খুমএ। অমুগা শ্রীযুৎ মহারাজগী খুদোলপোৎ চোংথামচা অঙাংতোয়া স্না অশবী ২১ পুশিল্লকুনা লাট সাহেপকী মখুত্তা পীএ। স্না লোবা মখুৎনা সালামি ভৌদুনা লৌএ। শ্রীযুৎ মহারাজমু শলামী তকএ। লাট সাহেপকী খুদোলপোৎ শ্রীযুৎ মহারাজদা ভৌরকপদি কবাকথাং মনীং মমাঙ স্না য়োম্বা খুংঙ স্না লুপ্পা ১ স্নাগী হুমাই ১ লুপা য়োম্বা শোখী ১ স্নাগী থবাকলীক ১ কোয়েৎ ১ ক্রেপ অশাবা স্নানা হৎপা থান ১ মুক্তা পরেং ১ লাট সাহেপনা মখুত্তা পায়দুনা শ্রীযুৎকী স্না ভক্তা হাপলবদা শলামী ভৌদুনা পোৎ পুয়মা অমু পীএ। অমুগা মকমদা হজিন্দুনা কমএ। অমু মতুংদা লৈপাক ২মগী খঙবমু মাগী মাগী লৈপাক্তা থোকপা পোৎ লাট সাহেপকা মহারাজগা ২মনা কংলে। অহৌং ১বক উনৈ। হায়গী বা অমুদা মতাওনৈ[৬]।

---

১। পুরুন সাহেপ—মতম অদুগী মণিপুরগা লৈনবা পোলিটিকেল এজেন্ট ডাক্তর আর, ব্রাউন। ২। তাং ২। ৮। ১৮৭৪ ইং।

৩। তাং ৫। ৮। ১৮৭৪ ইং। ৪। তাং ৬। ৮। ১৮৭৪ ইং।

৫। চীপ কমিশোন সাহেপ—আসামগী চীফ কমিশনার কিটিঙ সাহেব।

৬। মতাং অসি মতম অদুগী মণিপুরগী এজেন্সীনা থোতবা এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্টতা মথাগী অমুয়া ই:

"**Darbar held in Cachar—The unique circumstance of a visit by the Viceroy and Governor-General of India to further Eastern Bengal and Assam led to arrangements being made in August 1874 for the Maharaja of Munnipoor to meet His Excellency in Cachar.**

সাহেপস্থং থবাম নোংমা পানবা শগোনসেন্দা[1] হিদা কারে। অদু মতুংদা কম্বাল সাহেপ যেকুলিস্নুম সাহেপ ২মানা শ্রীযুৎ মহারাজনা লেঙগদবা পুংকম হুংবদা পুং ১০ তাবদা চৎকদি খুম্মে। অদুদা সাহেব ২মানা লাট সাহেপনা

These arrangements were duly made, and the Maharaja with *two of his sons and several of his Principal Officers,* with *the* Political Agent ( who followed two days afterwards ), left for Cachar on the 30th July, 1874, marching to Cachar by easy stages. A suitable camp had been provided in the station of Silchar for the Maharaja and his attendants by the Deputy Commissioner, and gave every *satisfaction* The *Darbar* was duly *held on board of the Viceroy's* yatcht, and was, I believe, of a satisfactery nature ; presents were as usual exchanged, and the Maharaja with his sons were also entertained at the evening reception The Chief Commissioner of Assam was with the Viceroy, and had an opportunity of seeing and conversing with the Maharaja

After the departure of His Excellency and the Chief Commissioner, which took place on the day after the Darbar, the Maharaja rested for a few days, and had an opportunity of being introduced to many of the leading tea planters of the district, etc taking his departure on the 14th August."

The time selected for this visit was not a good one, being during the height of the rainy season in the Munnipoor hills. Amongst the followers a good deal of fever took place, and some mortality on the return journey The Maharaja himself, who was suffering from slight indisposition before leaving for Cachar, improved greatly in health before his return. He seemed, I may add, glad of the opportunity of having an interview with His Excellency the Viceroy and the Chief Commissioner of Assam, and I experienced no difficulty whatever in making the necessary arrangements for a meeting

As might be expected in an isolated country like this, and with a profoundly ignorant population, a good deal of speculation and suspicion attended the above movement ; bazar rumour had it that the whole thing was a plan to entrap the Maharaja and keep him in confinement, etc etc ; and I had the pleasure of hearing afterwards that some of his younger sons had sworn, in such an event, to have my life. As it was I was forgiven on the safe return *of the* Maharaja, whom I did not, and do not, credit with any suspicious feeling on the matter.

১। তাং ১৩।৮।১৮৭৪ ইং।

ইবিংঙাবু পেরংগা য়োনা থোরাক মপান তাম্না থিল্লও হায়রমএ। ছকুমগী মতুংইন্না শ্রীযুৎ মহারাজনা স্না থোঙলেংবদা থিনগনি হায়। ২নি ঈরাইদা[1] শ্রীযুৎ মহারাজনা লৈপাক পুম্নক কাহল্লনদা সাহেপ ২মম্ভু হুমথরে। ৩মি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজনা চৎলাইদমদা লক্ষিপুরদা লমান্দি কৈ মঙন লিংপা ১না ঐ মৈতৈ থোকচগে হায়না চংগৎচে। স্না য়াথং কৈ হায়ম্বুনা মানা পুবা গ্রাম ১ নরসিংহ লাই ২মা পীহ্নুনা থোরকএ। ৪নি লংমাইজিংদা থবালগী সংক্রান্তি হৌএ। লমাংদোং য়োম্নবদা শ্রীযুৎনা বিষ্ণুপুরদা অদ্বৈতগী লাইশঙদা লাই ২মা থমমএ। ৯নি ঈরাইদা[2] শ্রীযুৎ মহারাজনা সাহেপ ঊনবা চঙলুবা হুল্লকপদা স্না কোম্বুংদা কৈথেল অঙম্বদা থুংলৈ। নোংমৈ তোপ ১১বক কাপএ। শ্রীযুৎনা ময়াং চৎলুষ্ঠৈ মৈতৈ লৈবাক্তা তৌবম্বা থবক্তা শ্রীযুৎনা চৎলুবগী বাগা তিম্রনা লেংবা কত্তে তোংঙান তোংঙাম লেংবনা কৈ হায়হুনা ভম্বীবা ওঝা গুরুশিংগী য়াথং মতুংইন্না মৈতৈ লৈপাক্তা তৌরকপা থবকপু ১রক মম্না ইজরকে। ইত্তেন থা ২০মি লংমাইজিংদা[3] মোইরাংথেমচা শেলুংবগী মচা নিপানা থিংবাইজম লৈমবু ঙাংনৈ হায়হুমা পুথৎলকএ। ২৪নি শগোনসেন্দা লৈমতাক্তা শ্রীযুৎকী স্না শঙগাই শাবদা থাজগী ওইনাম নিপা বেকারি ১ কৈনা শোক্লুমা শিএ। কৈগু কায়। অদু হুনিম্বা শ্রীযুৎনা ময়াংদগী হল্লকপদা মকু ভুবেম্না ঊশিং চাওরমহুনা স্না থৌগন লানগ্রথবু থৌরি তিংখিসে হায়না থাম্নবু তাদে হায়হুমা শঙপানবগী স্না থৌগন চৎপা হল্লকলগা হুমিৎ ৫নি কৈগুম্বা লৌথোকপীএ। মকু ভুবেম্না তাক চৎপা চোংথাম মচা ১ ঊশিংদা শিহৌএ। থবান থা শগোনসেম্না হল্লে। ৩মি থাঙজদা শঙাইশেন পাই। ১১নি লংমাইজিংদা[4] কাংঙবা মেজোরম্ভু ময়াংদগী থুংলৈএ। লাংবন থা ঈবাইনা হল্লে। ৬নি লংমাইজিংদা[5] চেকলাপাইদগী শ্রীগোবিন্দজীগী থাংঙবু থাংজেন পুথৎলকপা থুংলৈএ। ৫নি ইমশকৈশদা[6] লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি ইমশকৈশদা নিংথেমগী স্না মোহর ৫০ লুপা ২০০ অহনথেমচা জাথোপসিংগী লোয়শঙদা থম্ববু হুথিএ। ২০মি ইমশকৈশদা স্না লুপা মাঙখিববু হুমজিম্নে। মেরা থা লংমাইজিংনা হল্লে। ৫নি শগোনসেন্দা[7] মৈস্রামচা

১। তাং ১৪।৮।১৮৭৪ ইং।
২। তাং ২১।৮।১৮৭৪ ইং।
৩। তাং ২।৮।১৮৭৪ ইং।
৪। তাং ২৩।৮।১৮৭৪ ইং।
৫। তাং ৩০।৮।১৮৭৪ ইং।
৬। তাং ১৬।৯।১৮৭৪ ইং আশ্বিন ১।
৭। তাং ১৫।১০।১৮৭৪ ইং।

মেজোরনচিংনা অহানবদা শামু তানবা চৎলে। ৭নি থাওজদা[1] মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি থাওজদা[2] মাইস্নামদা মেজোরনচিংনা শামু ১০ কারকপা থুংলৈ। হিয়াঙ্গৈ থা লৈপাকপোকপনা হুন্নে। ২নি ইমশকৈশদা[3] অরাগী তাউ-তেউ ২মানচিংনা অরা লাইবার লাকএ। ৭নি নিংথৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি ঈনাইদা[4] শ্রীযুবরাজ কুমন্থনা শিংজমৈ কৈথেল, হৈবাক্লোই কৈথেল, খনজেম্বোং কৈথেল কৈথেল ৩মা হোঙএ। শিংজমৈদি লমাবী কৈথেল কৌএ হৈবাক্লোইদি মযাং কৈথেল কৌএ। শ্রীবিষ্ণু লখি ঠাকুর বাগী হাওনা লোঙএ। ২১নি নিংথৌকাবদা শ্রীরাধাগোবিন্দজী লাইশঙ হৌএ। সাহেপশু অহাংলমদা চৎখিএ। ২৫নি ঈরাইদা হাওবমচা জুলোন-খোম্বা, অবাপুরেন মেজোর ১মামা সিকাই ৫০ লোয়নহনা শ্রীগোবিন্দজিগী মন্দিরগী চিংজকুগী থাংজেন থাংওবু যানবা চৎলে কোংপাম য়ৌবদা কবোগী হাও কবো পুয়মাদা থানাগী লাইরিক পীহনা অয়াপুরেন অনৌবা শিনলবনা ঐখোয়গী থানাসু হাও নাই পুয়মাসু য়েংগে উসু যানগে হায়দা লাকপনে। পোয়ন্থ থা শগোলসেন্না হুনএ। পোয়ন্থ থা ৫নি নিংথৌকাবদা[5] উ হান্নে। ২৯নি নিংথৌকাবদা প্রেন সাহেব চাত্রিক চৎলে। পোয়ন্থ থা শগোলসেন্না হুন্নে। ২নি ঈরাইদা চাইবেন য়েনলাংবমনা মমাবু হাংলে হায়হনা গুপ্তদা লোই থাই। ৫নি নিংথৌকাবদা শ্রীগোবিন্দজিগী মন্দির শাবগী চিংজকুগী থাজেন থাঙবুগী উ কোংগানদগী যান্নে অন্থু হুমিংতা গুপ্তদা অনাম হাওনচিংবা হাওখুন ৭তা চানীংবা চাওও হায়হনা শ্রীযুৎমা লুপা ১০০ পীএ। খম্বংগী লুপা ৩০সু পীএ। গুপ্ত, মুংভু, চাইবেন ভোনশেন, মহৌ, ককচিং খুনৌ, বাইখোং খোংজাও, পলেন, লাংগুথেল, লমদিং, বাংজিং খুন ১৩মনা শ্রীযুৎ মা মাঙদা খুবাক ঈশৈ শকুনা লগোই শাহনা মাকা থেংএ। অন্থ হুমিংতা শ্রীযুৎকী মচা ইবেম্মাশিংসু খুবাক ঈশৈ য়েংনবগী ককচিংদা থুংলৈএ। মাকা থেংবা খুন ১৩দা মাগী মাগী মতিক ওকপা লুপা ২০০না য়েনবীএ। ককচিং খুনলেম, বাইবি ২মাদি থুমপোং ৭মসু হাপপীরমএ। ৯নি শগোলসেন্দা[6] পুকন সাহেপ চাত্রিক চৎপা থুংলৈ। মচা ইবেম্মশিংসু ককচিংদগী খুবাক

১। তাং ১৭। ১০। ১৮৭৪ ইং কার্ত্তিক ১। ২। তাং ৩১। ১০। ১৮৭৪ ইং।

৩। তাং ১১। ১১। ১৮৭৪ ইং কার্ত্তিক ২৬। ৪। তাং ২৭। ১১। ১৮৭৭ ইং অগ্রহায়ণ ১২। ৫। তাং ১৪। ১২। ১৮৭৪ ইং।

৬। তাং ১৭। ১২। ১৮৭৪ ইং পৌষ ৩।

ঈৈশ য়েংলুবা থুংলৈ। শ্রীযুৎ মহারাজস্থ ম্না কোয়ুংদা থুংলৈএ। ১৮নি থাঙজদা[১] য়োইরাংদা লৈবা তোমশেম্না অকাম হাওগী মকোক লাল্ ৩ পুরকএ। ২০নি নিংথৌকাবদা[২] পুরুন সাহেপ[৩] ময়াংদা চঙখবে। বাকচিং থা ঈরাইনা হল্লে। ২নি থাঙজদা কবোদগী উ চিংনবা হাও থৌবা চৎলে। ৫নি লৈপাকপোকপদা[৪] পুরুন সাহেব পদলি সিফাই ৫০গা লোয়ননা থুংলৈ। বাকচিংগী সংক্রান্তিস্থ হৌএ। ৭নি শগোলসেন্দ[৫] ছিজমচা স্থবিদারনচিংবা সিফাই ১৫০গা লোয়ননা কবোলম লান তানবা চৎলে। ১৩নি লৈপাকপোকপদ[৬] ময়াংলমগী শোরোক্তা সিফাই ৪০০ থানা কবা থোমজিনলে। ২২নি শগোলসেন্দ[৭] মোংথোনবমচা স্থবিদারমচিংবা সিফাই ২০০ অবাং হাও-থোংদৈ থুগাইবা চৎলে। ফাইবেন থা লংমাইজিংনা হল্লে। ৭নি ঈরাইদা-কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অজু মুমিত্তা লমশাংদা থাংজম মুপী মত্ত মবেন মৈনা চাক্কুনা শিএ। ৯নি লংমাইজিংদ[৮] মথুথৌ পাখংবগী ছি-মাইবু শ্রীযুৎ-মহারাজদা চনস্থমচা ওম্বগী থাবা থোরানে, চিংথুংশহনে, বামান্দনে ওমন্ন-কৎলে। শ্রীযুৎনা মাথোয ওমগী থাবঅস্ষি চারোন শুরোন কাওবা অৱা অনা তৌফমোই হায়না বোকপীবমমে। ১০নি নিংথৌকাবদ[৯] লোগাইজমচা মেজেংব শাংজবমচা মেজোর ২মা অশাম হাও নাথা চৎলে। ১১নি লৈ-পাকপোকপদা মোংথোনবমচা স্থবিদারনা থোংদৈ নাকবা থুংলৈ। লান ৫-ফাবকএ। ১৬নি নোংমাইজিংদা ভাজোমচা নৈবিজগী মতু থুজোইনৈ। ১৮নি নিংথৌকাবদা শাইখোম চন্ন ১না ময়াংগা ভাংনবমএ হাযত্নুনা থোজোইনৈ। ১৯নি থাঙজদা[১০] অবাম হাওগী তেজেংসুংদা শক্তি ১ চেনশিনজুনা কাংপোক্লিনাহাগী তেজোন্দনে। অথোকপা স্থবিদারদা অকাম হাওনা কমশোন নিংথৌগী মতুমচা পিরকএ। লমদা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৭নি নোংমাইজিংদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। থানিন নোং নিংথৌকাবদা শ্রীবৃন্দাবনগী মহাভাবত পুথোরকএ। ২১নি নোংমাইজিংদা[১১] হাওবমচা জুজোমনোম্বা

১। তাং ২৬। ১২। ১৮৭৪ হং। ২। তাং ২৮। ১২। ১৮৭৪ ইং পৌষ ১৪।
৩। পুরুন সাহেপ — ডাক্তর ব্রাউন, পোলিটিকেল এজেন্ট।
৪। তাং ১২। ১। ১৮৭৫ হং। ৫। তাং ১৪। ১। ১৮৭৫ ইং।
৬। তাং ১৯। ১। ১৮৭৫ ইং। ৭। তাং ২৮। ১। ১৮৭৫ ইং মাঘ ১৬।
৮। তাং ৩১। ১। ১৮৭৫ ইং। ৯। তাং ১। ২। ১৮৭৫ ইং মাঘ ২০।
১০। তাং ৬। ৩। ১৮৭৫ ইং। ১১। তাং ২৮। ৩ ইং চৈত্র ১৫।

অয়াপুরেন মেজোয়নে, সাহেপনে, চিংতাখমচ' খাবম লাকপনে বামোন গোকুল থুমজাও পুরেম্নে ৪মানাচিংবা সিক্কাই ৬০গ' লোয়ননা কবোরম চঙএ। ২৪নি যুমশকৈশদা মৈযেংবম নিংভোন ১ মচা মৈথৈ হায়ত্বুনা থুজোইনএ। খাশি নোং লৈপাকপোকপদা[1] য়ুমিৎ শানা কংএ। শজিবু থা য়ুমশকৈশনা হল্লে। ৩নি ঈরাইদা শঙ-ইশেন পাই। য়ুংজেংদম্ব লাই থোকএ। ৭নি নিংথৌকাবদা[2] অয়াপুরেন মেজোয়নচিংনা কবো চৎলুবা থুংলৈ। বিষুব সংক্রান্তি ওই। অপুজাম্ব' কুলগী কুম শোক ১৭৯৭—৮নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী পালোক ওই। ৯নি য়ুমশকৈশদা[3] শৌগাইজাম্ব' মেজোবনচিংবা মীযাম থুংলৈএ। লান ফারকপদি কাইকোন ১ থিংচিংলুপ ১ লোংয়া নিংথৌ ১—৩মা কারকএ। অকাম হু'ও চৎপদি অশিনে। ১৪নি নিংথৌকাবদা চুংখামচা তোলেনবু খাবম পানা ওইহনখি। ১৬নি ইমশকৈশদা থৌবানি উশাবীনে কৈথাম চয়ুনে ২মা পুথৎলকএ। ২০নি ঈরাইদা লাইতামচা তাজোম্ব পাঙন ওইখিএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা[4] খুইরজন নাগা তুরেন চেকী থোং হৌএ। খাশি নোং য়ুমশকৈশদা মৈবী পাই। কালেন থা শগোনসেন্না হল্লে। অত্থু য়ুমিত্তা বামন হঙব শিএ। ৭নি য়ুমশকৈশদা কোনোক কমলাকান্তবু পাজি শঙলাকপা হংল্লে ৯নি ঈরাইদ নাদেনগী সংক্রান্তি ওই। অত্থু য়ুমিত্তা মবুথৌ পাখংবগী চে' হেংবদা মচাপাচনা পাখংবা, নোংশাবা ১মাগী লুপাগী থুকম পু ২ কৎলে। ১২নি শগোনসেন্দা ইবু শি পাজি শঙলাকপগী লাইরিক শোয়দোই লৌখিএ। ১৫নি নাংথৈজিংদা য়ারন্দা পুপ্রী তৌএ। নিংথেম কুম্মুনা হোংএ। ২৯নি শগোনসেন্দা পাঙন নিপা অমা মতৈমগী মচাপা ওংনবমনে হায়ত্বুনা কৈথেন্দা ফৌএ। ইঙা থা ঈরাইনা হল্লে। ৮নি ঈরাইদা ধমান্দি গুরু শিএ। ১৩নি য়ুমশকৈশদা ফম্বানগী লোলৈ শাই। শ্রীবুংকী থৌবাগী থোকচোম চম্বুন্থ লুহোংএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা বামোন গুরু মধুমগী ঠাকুরদাসবু গুরুজী হাপএ। ইঙেন থা নোংমাইজিংনা হল্লে। অত্থু য়ুমিত্তা গোষাইনা ভম্বিবা নৌকাখেলা শাগ্লে। নিংথেম থোকএ। ১৩নি ঈরাইদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থা

১। তাং ৬। ৪। ১৮৭৫ ইং সূর্য্য গ্রহণ, দিবা ১৬। ৫২ গতে স্পর্শ ২০। ৩৩। ৮ গতে মোক্ষ।

২। তাং ১২। ৪। ১৮৭৫ ইং চৈত্র ৩০ চৈবা ওবা।

৩। তাং ১৪। ৪। ১৮৭৫ ইং।

৪। তাং ৩। ৫। ১৮৭৫ ইং বৈশাখ ২১।

নিংথৌকাবনা হল্লে। ৫নি ঈরাইদা লৈপাকী অঙম অথৌ পুরমক কৌশিন্দুনা শ্রীযুৎ স্না মাচদা দরবার তৌহুনা কৈরোই মূংকদোরে থিও হায়হুনা মচা ইবুংঙো মন্ত্রীনচিংবা শেলুংকম ৮মপা থাকম শঙলেন্দা মতোন ইবুংঙো হাকথক্তা কাবদগী হৌনা কৈদোই থিবা তৌএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি ওই। ২০নি থাঙজদা কাংজবা মেজোর, মাইস্না মেজোর, রাহেংবা মেজোর ওমনা শেন তোনবগী বিচার তৌবা হৈত্তে হায়হুনা থৈদা শুমএ। ২৭নি থাঙজদা চথুংবম থু১ন্দগী নিংথেম কুমহুনা কৈ কাইএ। চজিংগী হবাইবম মচা ১ কৈনা শোক্ত্না শিএ। অতোমচা কুর্ত্তিসিংহ বোলদেব শৈনা শঙলাকপা লাইগুবা অতোন খোংজ'ই লমূ নামৈথাকপা গুনসিং লালুপচিংবা চোংথাম দয়ানিথি জে মান্দার সোইব্যা ধর্ম্মসিং নচাহন ৫মনা শ্রীগোবিন্দগী লাইশঙগী চিংজকু থেউ য়ানবা থুংলৈএ। লাংবন থা যুমশকৈন্দনা হল্লে। ৩নি ঈরাইদা খুংগাবাইএ, শঙাইশেনস্থ পাই। ৫নি নোংমাইচিংদা য়ুহারাইএ। ৯নি শগোনসেন্দা মহারাজনা হিয়াংকুমৈদ লোলৈ 'চন্দ্রনা কুমথবগী হি য়োবদা নোংথাং কুপএ। থমলাংবগী লিরুং তেন তাউ থোরকএ। লাংবনগী সংক্রান্তিস্থ ওই। ১৬নি যুমশকৈশদা ওইনাথ নিপা ১ লাইরিক য়েংবা নিপা ১ স্না য়ংথং নতুনা লাইরিক ই হ'য়হুন' কৈথেন্দা কৌএ। মেরা থা শগোনসেন্না হল্লে। ১৩নি য়ুমশকৈশদা ময়াংদগী পুকন সাহেপ শ্রাবি সাহেপ ২মা থুংলৈএ। ১৮নি লংমাইচিংদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা মাইস্নামচা শামু মেজোর কোংয়াংলোক্ত: শামু তানবা চংলে। থাশি ঈরাইদা চৈতন্য-নিত্যাই মচীন মনাওবু কিন্নান ৭০০ থাওমৈ ১০০০ থান্দুনা শ্রীযুৎ য়াওনা থাঙপাং কোয়না নগরকীর্ত্তন চংএ। হিয়াঙৈ থা থাঙজনা হল্লে। ১০নি নিংথৌকাবদা[1] শ্রীযুৎ স্না য়াথং কাংজপা মেজোরবু মানা চৌজরকপা থৈথিকপু তোপ্পা ইহুনা হাপ্পিও ১সুং মাগী ধাবজি চারোন তু'রান য়োমা অবা অনা তুকরোই হায়বিরমে। ১৮নি লৈপাকপোকপদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু মুমিত্তা লাইরিক য়েংবা পুংয়ান মমুমগী উধোপ হিজংনাচিংবা মাইবা শঙলেন্দা লাওরে। চনস্না থাবন চেংলৈগী কাঙলুপ অসি অনিমান গোত্র শোল্লমবনা গৌতমুনি হায়রে হায়রবদা মচা ইবুংঙো টবুংশি মন্ত্রী[2] চিংতাখন্না

১। তাং ৮। ১১। ১৮৭৫ ইং কার্ত্তিক ২৩।

২। মচা ইবুংঙো ইবুংশি মন্ত্রী—মধুচন্দ্র মহারাজগী মচা ইবুংঙো নাউলসিং থুবাব থাকপনা পোকপা রিপুজিৎ থাংথৈথাকপা মন্ত্রী।

পুখ্রনবা ২মনাচিংমা মাইবা শঙলেম্না মাইবা পাজি ২মক্তা থম্বা লাইরিক কুম্বাবা ২মক্তা কাক্ত্না য়েংবদা অনিমান্নগী কৌতুম ওইখ্রে হায়নারমএ। স্না পুয়াদদু ওল্লমএ হায়দুনা পুংয়ান ময়ুম উথোপ হিদংনা চুমএ। চানম থাবম চেংলৈগী কাংলুপতি রাকোংএ। ২১নি শগোনসেন্দা মাইস্নাম মচা শামু মেজোরনা পুংশানমৈদগী শামু ৯ কারকপা থুংলৈএ। খোমজাম অথমবা লালুপচিংবা ১ হাও ১ পাঙন ১—৩মদি শোংদা শামুনা শোক্তুনা শিএ। ২৩নি থাঙজদা[1] প্রন পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেপনা মতু মচাপা লোয়নবা কলিকতাদা কাঙথৈ শামবা চৎলে। পোয়চু থা মোংমাইজিংবা চয়ে। মোংমা নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎনা কালিদমন শায়গদবগী লাংথবাব্দা লেঙএ। ২নি লৈপাকপোকপদা কালিদমন শায়ে। ৪নি শগোনসেন্দা মচুং কাংজেবুংদা শ্রীযুৎ থোক্ত্না ককচিং খুন ৩না জগোই শায়হন্নে। লুপা ৩০০ পীখিএ। ১৫নি নোংমাইজিংদা হোদামচা অওন্দায় মেজোবনা ইঙৌয়োক থানা লিংখৎলে। ১৬নি নিং- থৌকাবদা[2] শ্রীগোবিন্দজিগী মাঙোপ হৌএ। ১৮নি মুমশকৈশদা পোথচুগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ স্না যাথং লোইরম পুরমক মচুং হন্দুনা পানা থোবলবনা যাগী যাগী লৈকাইদা যাইকৈ অচুদা যাহকৈ ৪দা নারান শৈনা হায়না কমপানি লিংহুনা সিফাই খলহন্নু হায়। কমনাইনগী মথৈদি পানাদা তিলহন্নু। সিফাই থমকয়োই। মচুং হনবা শেংফাংতবদি লোই মকম মকমদা হন্নহনখি। নোবা নারান শৈনা হায়মা কৌবা গায়োং ১ লিংশংলে। ২৪নি লৈপাকপোকপদা কাংঙবা মেজোরনা মবাং লমদা শামু কাবা চৎলে। রাকচিং থা লৈপাকপোকপনা হন্নে। ৫নি থাঙজদা শোগাইজমচা বোলাই নেজোমনা মোইরাংলমদা মাঙোপকী উ চিংবা চৎলে। ১৬নি ইমশকৈশদা[3] ককবা লমদাইপুংদা পুখ্রী ১ তৌএ। ১৮নি ঈরাইদা রাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিত্তা থুমুজমচা পন্ডিৎনা শ্রীযুৎ মহারাজও থাইনা মমাঙগী হী যাই ওইবা নিংখিবা ১অং কাংও হাববা খুদম লাকএ হায়না হজৎলে। ২৫নি ঈবাইদা মোনখি হাওনা লোংয়া হাও ৩০ কাবকএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা[3] পোংনিংথৌনা পিরম্বা স্না মুহে'র ৮০ না শাবা স্না কাকোক

---

১। তাং ২০। ১১। ১৮৭৫ ইং অগ্রহায়ণ ৫।

২। তাং ১৬।১১।১৮৭৫ ইং অগ্রহায়ণ ২৮। —[illegible]

৩। তাং ১২। ১। ১৮৭৬ ইং পৌষ ২৯ [illegible] তাং ২৪। ১। ১৮৭৬ ইং মাঘ ১২।

তখেন খুম্ব শাবা মতোন ইবুংঙো ঢাকা তাবনা[1] পুন্নিনথিবগু বামোন অধিকারী ময়ুম জগধাম শেলুং পুরেম্না পুরকপা খুংলেএ। কাইরেন থা শগোনসেম্না হল্লে। ২নি ঈরাইদা লোইতামচা পোইলানা হাও ১২০ গা লোয়ননা মোম্থোখোং তৌবা থোং ২ হুকএ। ৭নি ঈমশকৈশদা য়ুহারাই। ১৫নি ঈমশকৈশদা য়ুহারাই। মাইপ্নামচা শামু মেজোমগু অবাংলমদা শামু তানবা চংলে। ১৮নি থাঙজদা কাইরেনগী সংক্রান্তি চৌএ। লমতা থা থাঙজনা হল্লে। মেগজিংদগী নোংমৈ হিদাকপু নিংথৌজমতা ১ চিংতাখমচা ১ পাঙন ২গা ৪মনা হুম্বনা য়োল্লমলে হায়হনা নিংথৌতাম্বা. চিংতাখম্বা ২মজি লৈশাংথোংদা থাই। পাঙদ ২মজি কালোক্তা পীএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা বুকন সাহেপ ময়াংদগী ইবুংশি কৈকা মতুমচা য়াওনা থোরকুম্না গাল্লোংতা খুংলৈ। ৮নি ঈরাইদা শ্রীযুংকা সাহেপকা দরবার তৌএ। কলিকতা কাংজৈ শায়বস্ত্র খুংলৈ। মাইপ্নামচা মেজোব শামু ১১ কাবকতুনা খুংলৈএ। ১৩নি ঈমশকৈশদা[2] চিংজবু থোং শগোলশঙ মনাকী পুখ্রী মপান্দা শ্রীগোবিন্দগী শনিক কোনচাক মোন ৮ মৈহুম উত্তোং ৮২ কান্দুনা হৈএ। ১৮নি শগোনসেন্দা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি ঈমশকৈশদা ময়াংদগী নোংমৈ হিদাক ডুম ৪০ খুংলৈএ। শজিবু থা লমাইজিংনা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা অপানবগী নোংথোনবমচা হাজারী ময়াং থাংঙবোক্তা থাইএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা[3] গোবিন্দগী শনিক অচৌবা মোন ৮ মৈহুম উত্তোং ১২৫ না কুমহুনা হৈএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা বিষুব সংক্রান্তি ওই। কাংছজাম্বা থেমাগী কুম শক ১৭৯৮—১৯নি ঈমশকৈশদা শজিবুগী পালোক এই। ২৭নি ঈরাইদা[4] শ্রীযুং মা য়াথং খুমুজাম্বা পুর্ণচন্দ্র পণ্ডিৎতা জিলা চণ্ডবগী লাইরিক শেমও হাযনা শিন্নহুনা শরাংথেমচা গুর্পানন্দ পণ্ডিত, থৌদামচা চাওতোন পণ্ডিৎ ২না কমহনা খুল্লাকপমচা জগসিং, য়ুমলেনশমচা পেনা থোংবা পাথং লাকপা ১—২মাম্ব য়াওনা ৪মানা মা থোঙলেংলুবগী বাবু মথংশিংনা তাক্তুনা য়াম্বেমচা অঙাতোন ১, ইরুংবমচা পাবুং ১, খুল্লাকপমচা ঙুংনাং ১, থোমজ্রাম লৈশং ১, লালুপচিংবা ৪মনা কর্ফহিচেদা কাজ্ কোলোম পাইহুনা ইএ। কালেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২নি ঈমশকৈশদা[5] দলান শঙগায়। মহুং কাংজৈবুংদা

১। ঢাকা তাবা—দেবেন্দ্র মহারাজ। ২। তাং ৮। ৩। ১৮৭৬ ইং ফাল্গুন ২৬।
৩। তাং ১০। ৪। ১৮৭৬ ইং চৈত্র ২৯। ৪। তাং ২১। ৪। ১৮৭৬ ইং।
৫। তাং ২৬। ৪। ১৮৭৬ ইং বৈশাখ ১৫।

পালা ১৯ শকুনা হোঙএ। ব্রাম্মোন বৈষ্ণব পুম্নমক্না স্না লুপা দান তৌএ। বামোন ৬০ না মুম্নিং ১৫নি হৌবা তন অমু পীজে অমু মুম্নিম্বা বৃন্দাবন, আমিকা, নবদ্বীপ, জগনাথ ক্ষেত্র ৪দা শ্রীযুৎনা উৎসবকী লুপা কংখিয়ে। মুখিদাং অমুদা মাপোংপা সভাপর্ব্ব শায়ে। ১৮নি শগোনসেন্দা তোংত্রম হৈনৌ খোংনেম্বী তাবা হেমা মনিক চেংলৈ শলাইদা লেপ্পুনা লৈরিববু তোংত্রম খুরাই তাবনা মাম্বারূপ লাকপগী মগু খুরাই লাকপনা ঐনা অহুক্তি হায়হুনা শ্রীযুৎ স্না মাংদা তৌনবদা শ্রীযুৎ স্না যাথং চেংলৈ শলাই থাংজম মুৎপ্রমুনা খিজুজাম্বা চক্রপানিগী কুম শোক ১৭৮১ দা স্না দরবারদা নাপু তোমা মাম্বারূপ লাকপগা সত্যানন্দ মুখিদাবগা ২মা তৌনবদা সত্যনন্দনা চুমব্রে। নাপু তুজোমদি লংমাইদগী লাকপনে। থমুনা হেমা মনিক্না চুমএ হায়হুনা লোইখিএ। ২০নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি শগোনসেন্দা মবুধো স্নাগী মনাই লোংজম ১, থৌনাংজম ১ শাংপম ১— ওমা মুংঙ্ শাংপমদা লৈহনখিয়ে। ইঙা থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৬নি নিংথৌকাবদা[১] করবা মপান্দা লমদাইপুংদা শ্রীযুৎ কুমহুনা পুপ্রী হোঙএ। ২২নি ইমশকৈশদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৭নি নিংথৌকাংদা লমাবম কৈরুংলমনা লমাবম মাইপা হনবদি মাগী থাবা লৈরে হায়ববু লমাবম তিলুক দেবাননা মগুদি লৈয়ে হায়হুনা শ্রীযুৎ স্না দরবারদা লৈবনা চুমএ হায়হুনা শ্রীযুৎ স্না য়াথং লাই শাখি রোংখিশে হায়হুনা পৈখোপ্তা স্না লুপা লাহুনববু লমাবা চাউতোন মাইবহুনবগী মগুনা স্না লাকুনা যুমলেন পিবা ওইখি এ। অমুদা শাগৈম্ব ২ খোকনা থাইনখিএ। লাইমুং ২ থাইনখিএ। লাই ১দা যুম ২০।২০ যেনবিখিয়ে। ইথেন থা ঈরাইনা হল্লে। ২মুং পাল্লে। থাম্নিন নোং শগোনসেন্দা[২] তেসনত সাহেপ থুংলৈ। ১৬নি ঈবাইদা শ্রীযুৎকা দেমন্ত সাহেপকা[৩] দরবার তৌএ। ২৪নি থাঙজদা ইথেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থা থাঙজনা হল্লে। ৮নি ঈরাইদা মুহারাই। ২৪নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ লেংহুনা চৈরাপ গাবোং অঙবা

১। তাং ২৯। ৫। ১৮৭৬ ই° জ্যৈষ্ঠ ১৭।

২। তাং ৬। ৭। ১৮৭৬ ইং।

৩। দেমন্ত সাহেপ—Mr. G. H Damant, তাক্তর ব্রাউনগী মথংদা মণিপুরদা মতম থমা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরমী। ১৮৭৭ ইংদা মানা বেঙ্গলগী এশিয়াটিক সোসাইটিগী চেংজোংদা মৈতৈ মরেক ফোঙখি। মহাক মৈথংদা নাগাহিলগী পোলিটিকেল অফিসার ওইখি। খৃঃ ১৮৭৯ অক্টোবর তারিখ ৪দা খোনোমা নাগাশিংনা হাংখি।

পূম্নমকা সাহেপকা দরবার তৌএ। ২৭নি ইম্ণকৈশদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৯নি ঈবাইদা[1] বুরুন সাহেপ[2] শিএ। তোপ ১৩ কাপএ। লাংবন থা লংমাইজিংনা হল্লে। ৪নি ইম্ণকৈশদা শেরা সাহেপ চঙ্খিএ। থানিন মোং লংমাইজিংদা থা শামা কংএ। ২৮নি থাঙজদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৬নি থাঙজদা হাওবমচা অুলোনথোম্বা অবাপুরেন মেজোর লম্বোইছুনা শিএ। ১২নি থাঙজদা[3] মাইস্নামচা লুনাং নিংথৌ শিএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙৈ থা ইম্ণকৈশনা হল্লে। ৩নি ঈবাইদা নিংথৌ কি ম্না নমথাং হৌএ। ১০নি ঈবাইদা তাইমজন্না অহল্লুপকী শঙ্গোইবা হঙবা পলেম্বা লোই থাই। ২৯নি শগোলসেন্দা ঙিবাঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থাংগী হৌনা থা ৫ পুকচৎপম্ তোকখিএ। পোয়ম্ থা ঈরাইনা হল্লে। ২৭নি লৈপাকপোকপদা যুহারাই। ২৮নি যুমশকৈশদম্ হাই। থাশি মোং ঈবাইদা পোয়ন্থুগী সংক্রান্তি হৌএ। লানচিং থা থাঙজনা হল্লে। ১৭নি নিংথৌগালদা মপান কাংলৈবুংদা শ্রীযুৎ য়াওনা সাহেপ-চিংবা লৈপাক পুয়ং দরবার তৌএ। ২৯নি থাঙজদা বাঙ্চিংগী সংক্রান্তি হৌএ। থাশি লংমাইজিংদা মাইস্নামচা শামু মেজোরনা ময়াংলোমদগী শাম ফারকপা থুংলৈ। ফাইবেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৭নি লংমাইজিংদা শঙাইশেল পাই। ৮নি নিংথৌকাবদা কাংওবা মেজোরনা কপোঙা লম যেমবা চৎলে। ১৯নি ঈবাইদা শ্রীযুৎ মহারাজ বৈবীদা লেংএ। ২০নি থাঙজদা মকোকচিংদা লম যেংএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজনা ওকশু মনিন যে লকএ। ২৫নি ইম্ণকৈশদা যাইবিপোক কৈথেন হোংএ। থোবাল যাইবিপোক যাইবিঙমদোংপাম্বা লাইবেন মৈদিংঙু মাওজিংলেন নোংজ্রেন থোম্বা কৈথেমলেম্বি লালোই লম মহন চাখাদা উয়োককোন মোংবা হনবা তোবৈথেক ভমফা বাঙমলোন মকাইফমগী পানবা কৈমু অথোবদি

---

১। তাং ১৮। ৮। ১৮৭৬ ইং ভাদ্র ৩।

২। সার্জন মেজোর রবার্ট ব্রাউন (মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট) তাং ১৮। ৮। ১৮৭৬ ইংদা মণিপুরদা শিখি। মণিপুর ব্রিটিশ রেসিডেন্সিদা লৈবা Cemetery দা ইবি—"In memory of surgeor—Major Robert Brown, of the Bengal Army, Political Agent in Manipur, who died and was buried here on 18th August 1876" বানা ১৮৭৩ ইংদা "Statistical Account of Manipur" কৌবা লাইরিক অমা ইদ্বুনা ১৮৭৪ ইংদা কলিকাতাদা কোওখি।

৩। তাং ৩০। ১। ১৮৭৬ ইং।

থাগথা হয়েন বাগাথা অথৌবদি থক্তা থোংমা লৈমু শেঞ্জেকনবা অহোং পুং থোননৈএ। কৈথেল কোলোয় মখি'থোন্দি যোইবু তঙ্কা কৈথেল লেনও ভৌমা কৌএ। থৌবান ভোমজিং পুন্শিদা কৈথেল হোংএ। লাইরেন মৈদিংগু নাওজিংলেন মোংজেন থোম্বগী থাংবা কৈথেল লেম্মি পানবা কৈ-জে'লাং ক্যাংচাক বাইথৌদি থাগা থা হয়েম লানথিনলেং অথৌবদি থক্তা থোম্না অহোং বুনৈনাএ। কোলোই মখিংদি লথিলৈমা কৈথেল লেনও কৌএ। অহু সুমিত্রা কাংভবা মেজোবম্ব কবো লম য়েয়রুবা থুংলৈ। ২৫নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ মহারাজনা স্না কোঙ্গু'দা থুংলৈ। ২৭নি থাজনদা থিমু গৈদম্বী কৈ ১ কারকএ। ২৮নি ল'মাইজিংদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমডা থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৩নি ঈরাইদা লৈমপোকপা হাজারীনা থৌবান ফুরেন থৈলোক্নুনা ভমেংথোং ইথৈ চেনহল্লে। ৪নি থাঙজদা মচা ইবুংভো যুবরাজগা সাহেপকা ভুগ্ লম য়েংবা চংলে। লাইশোইদা লেপ্তুনা শা কাপএ। ৬নি নিংথৌকাবদা যুবরাজ, সাহেপ ২মানা মৈ থাহুনা শা ভানবদা লাইরেন ১ ফায। লাইশোইদগী মোইবাং য়োৗএ। শগাংগী কে'ব য়ে'এ। ৯নি শগোনসেন্দা ভুগ্ লম য়েংএ। ১০নি ঈরাইদা[1] হাওবম ধর্ম্ম সিংহ হাজারী শাংপমচা উপেন্দ্রসিং. বাহেংবম নিকত্যাইচিং, ৩মানা লৈকাই ৪মগী জরিপ ভৌবা চংলে। ১১নি থাঙজদা যুবরাজ থুংলৈএ। অহু সুমিত্রা অবুং মবা৬রিদা পানা ৪গী মীনা থুম্লাহনগদবগী মাইবশ৬গী শরাং পণ্ডিৎনে মৈকাম পণ্ডিৎনে লুম্বাংশংবম ফমইহনবান ৩মানা লম ভাইযে। ১২নি লংমাইজিংদা মবা৬রি পুং১৬দা লৈপাক পুম্নমাগী থৌগন মীকোক ১গা শেল লিশিং ৫। ৫ থারহুনা পানা মচা মিনাই ওইবা থিহুনা ফু'গানাইজা মাগী ২ মতিক ওকপা মহল পিহুনা থুম্লাহল্লে। মৈত্রথাকী লৌ ১গা যৌবোং ১ থাইহুনা মচিনজাক হল্লে। থুজাই, ভেঙ্গোং, শন, ইরোই ভুনা পিহুনা মচিজ্ঞাক ভানজহল্লে। ১৩নি নিংথৌকাবদা ময়াংদগী জোনস্ত সাহেপ থুংলৈ। পাঙন ১ মনা৫হুপী হাংলে হায়হুনা মাবুম থৌরি যাম্দুনা হাংলে। ১৫নি লৈপাকপোকপদা মহারাজগা সাহেপকা দরবার ভৌএ। তোপ ১৫রক কাপএ। থা শানা ফংএ। ২৩নি ইমশকৈশদা মহারাজনা থৌবান ফু মন থিংবা য়েংবা চংলে। থিংভেন্দা থোংমাংম্ব থারমএ। লাইদম্ব স্না লুপা কংলমএ। ২৫নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ থুংলৈ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা লমভাগী সংক্রান্তি হৌএ। থাদি শগোনসেন্দা

১। তাং ২৩।২।১৮৭৭ ইং।

খুমিং শানা কংএ। শজিবু থা ঈয়াঙীনা হল্লে। অতু মুমিত্তা অরাং শগোলমাংদা কৈরেং হোৱএ অরংজেন মরাইদা অমসুং ঙাংবাই লমচং জিংবি চাখোকলমদা লাইরেন থৈদিংঙু মাঙজিংলেন নোংব্রেন খোম্বী থাংভা কৈথেন লেন্দি লাংলোই শায়া অপানবদি থাদথোং কুমুং লাক্কৌ খ্মাংদি থক। থোংনা অহোং- পুংকানাঙ। কৈথেল কোলোই থদিং থোন্দি য়োইবু থোইমোম লাইরেম্মা ইরৈমা কৈথেল লেনও কৌঔ। ৪নি নিংথৌকাবদা সোইথমচা ১না শম হরানলমঙ হায়হুনা কৈথেল্লা কৌঔ। ৮নি শগোলসেন্দা মহারাজনা পুথাও থোংবা চংলে। ৯নি ঈয়াইদা যুবরাজপা সাহেপক্তা ২মা লাইশোইদা শা কাম্মা চংলে। ১৩নি লৈপাকপোকপদা সাহেপদা কোকচাইদা কৈ ১ কায়। ১৬নি ঈরাইদা নোংলমু শলাম নাথাল সিংনচিংবা নোংলমু পুমথা হাও মচাগা থোয়নহুনা লাই ভৌগদি হায়হুনা অজোগী লুপা ২৪, শম্বং য়োমবগী লুপা ৩৩ কপুর ভুবেগী লুপা ১০—মুপনা লুপা ৬৭ পীহুনা লাইকম নত্তবা চক কুদিংভা লাই ভৌরমএ হায়হুনা তথেল্লগমচা অজ্র পায়বনে অজ্রগী শাক্তংবা শ্যামপুর্ণ খুম্লাকপনে লোইত্তামচা চন্দ্রসিংহ লুপল্যাকপনে তমামচিংবা অজ্রগী অহল লমন পুরুবা মাইবশহন লংবাবদা থুমুজাম্বা পন্তিংনাচিংবা হুজবা হিদং পুয়মানা চৈরাংশু লাওবংদা অৱত্রা পুরুবা বিচার ভৌহুনা নোংলমু ভৌহৈদবা থবক ভৌএ হায়হুনা দোলাইপাবদা থোক্তি থমঔ। জোরি লুপা ৫০ পীহুনা থাদোকএ। মাখোইনা লৌরগা লুপাদি শ্রীযুংভা কংখিএ। শ্রীযুংনা থাইনগী হৌনবা মাইগশঙগী নোংলমুগা নোংমাইজিংগী ইরাং থোমি কায়কয়েই ১সুং নোংলমু কাবা কুংগাদি অরা-অনা পুজবনি মথোয়গু চাকহেন মুহেনবনিনা অশি অনা চঙবনি মাইপীগা মায়ে। মশক থঙনা থমও হায়নই থবা নোংলমু লুরাং লংমাইবা থৌরাইদি শলাম খুমলেন পেরে তাবা অভিরাম ময়ুম ১ শলাম ককয়াইতাবা নাওলসা ময়ুম ১ লাইমা থাবা হিজম নৌতুনশিং ময়ুম ১—৩মা অসিনি হাযনা লোইথিএ। ২০নি ঈরাইদা শ্রীযুংনা অরাং মরাওথিদা খুম্দাবা থোংবা চংলে। ২৫নি লংমাইজিংদা শক্তেম্বোংদা লৈবা লম্বোইবনা মুগীদা থা থোক্তুনা ময়াংলোমদা ভাম্বোকখিএ। মুগীদি থামোম লৌবুক ভোংবম ১ কোজোবম চহু ১—২মনে। ২৭নি লৈপাকপোকপদা ময়াংদগী কোলাবুক কৌবা মচুদি উ, মমা মহৈদি লকুপা মানবা মপান ২ লৈপান ১—৩মদা লুপা ৩০০ পীহুনা পুরকপা থুংলেএ। ভেনবৈথা বাশাই ভমকমদা থাই। ২৮নি ইবশকৈশদা[1] বিষুব সংক্রান্তি ওই। থাংচুাকপা

১। তাং ১২। ৪। ১৮৭৭ ইং চৈত্র ৯০ চড়ক পুজা, চৈরাওবা।

তা চাবা থুম্রএ। ২৬নি থাঙজমা শৌবাইজাম্বা মেজোরগা সাহেপকা সিফাই ২০০ গা অমাংলেমদা হাও মাবা চংলে।[1] পোম্বম থা ইমশকৈশনা[2] হল্লে। ৫নি নিংথৌকাবমা[3] লমদিংদা সা শওশাই হৌএ। ৭নি ইমশকৈশদা কোনশম অচৌবগী পিবা অজোতোন লাইক্লিক হাল্লবা লাইপুবা ২কানচিংনা শাগে পুন্নমানা কোনশম অপিশগী পিবা চাউতোম্নচিংবা শাগৈ পুন্নমক্সা কোনশম অপিশকী পিবা চাউতোম্নচিবো শাগৈ পুন্নমকপু থুবনাইবনে হান্নত্থনা শ্রীযুৎ শা মাঙদা লৈপাক্কী অতম অথৌ পুন্নমা কাওনা বিচার তৌনবদা কোনশম অচৌবদি থুংনাইবা ওইরমএ। কোনশম অপিশদি ফবো থোইরা ওইরমলে হায়ত্থনা সা মাঙদা লৈথেরে।[4] চৈরাওম্বং মাইবশওদম্থ থৈত্থনা লোইবীখিরে। ১০নি থাঙজমা[5] পোয়ন্নুগী সংক্রান্তি হৌএ। ১১নি মোংমাইজিংদা[6] কোংগান থানাদগী মী ৮ হাংখিএ। ১২নি নিংথৌকাবদা শৌবাইজাম্বা মেজোরগা সাহেপকা মোংজু হাওথুন থুগাইবা থুংলৈএ। সাহেপকী সিফাই ২ হাংবা হাংহৌএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা সাহেপকী সিফাই ২০ লৈপাক্কী সিফাই ১০ পুত্থনা অমাংলেম হাওথুন থুগাইখিএ। ২৪নি ঈরাইদা[7] থাজান মেজোরনা সিফাই ২০০ পুত্থনা সাহেপকা কংলেম য়েংবা চংলে। ২৫নি থাঙজমা সাহেপ থুংলৈএ। থাখি শগোনসেন্দা কাংওবা মেজোর থুংলৈএ। বাকচিং থা ঈরাইনা[8] হল্লে। শ্রীযুৎনা মাকলং থানা য়েংবা চংলে। ৯নি লংমাইজিংদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি ইমশকৈশদা[9] ইবুংশি শামু হুবা ওইরম্বা হাওখৌ হৈরোক্তা লোই থাইএ। ১৩নি শগোনসেন্দা মুম্রাবা মুবিদার বাংথৈমম্নমচা মুবিদার, চিংওবা মুবিদার ৩মনাচিংনা অমাংলেম লান চংলে। থাখি মোং থাঙজমা শাংপমচা মুবিদারনা সাহেপকী সিফাইগা মোঙ্গু নাক্কবা থুংলৈ। কাইরেন থা লংমাইজিংনা[10] হল্লে। ৩নি লৈপাকপোকপদা মুহামাইএ। ৪নি ইমশকৈশদা[11] ইক্সিঙগী কোন্থং মোংপোক ইংগোন কাওবা তৌএ। পোরোমপাংওগী কোংবা তুরেল তাবা তৌএ। কোংবস্থ তৌএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১১নি ইমশকৈশদা[12] কাংওবা মেজোরগা সাহেপকা ফবোদা লম য়েংবা চংলে। ১৪নি থাঙজমা থুংলৈএ।

---

১। তাং ৫। ১২। ১৮৭৭ ইং অগ্রাহায়ণ ২১। ২। তাং ১০। ১২। ১৮৭৭ ইং।
৩। তাং ১৫। ১২। ১৮৭৭ ইং পৌষ ১। ৪। তাং ১৬। ১২। ১৮৭৭ ইং।
৫। তাং ২৮। ১২। ১৮৭৭ ইং পৌষ ১৪। ৬। তাং ৪। ১। ১৮৭৮ ইং পৌষ ২১।
৭। তাং ১৩। ১। ১৮৭৮ ইং মাঘ ৪। ৮। তাং ৩। ২। ১৮৭৮ ইং মাঘ ২২।
৯। তাং ৬। ২। ১৮৭৮ ইং মাঘ ২৫। ১০। তাং ১৮। ২। ১৮৭৮ ইং ফাল্গুন ৭।

থানিন নোং লংমাইজিংদা[১] থা শানা কংএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা[২] লোইতোংবা সুবিদারনচিংমা মাকলাংদগী ইরোইশেম্বা চীংজিন কাওবা হীরম ভোএ। অচু সুমিত্তা য়ুহারাই। অরা লাইবার থুংলৈএ। লমতা থা লৈপাকপোকপদা[৩] হল্লে। অচু সুমিত্তা অরাদগী বামোন মল্লহোরনচিংনা লাইবাম ৪ থুংলৈ। ৯নি ইমশকৈশদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি লংমাইজিংদা[৪] কাংওবা মেজোরনা কোয়াংলোক্তা লান তানবা চৎলে। ২৪নি ইমশকৈশদা কাংওবা মেজোর থুংলৈ। মী ১৩ কাম্বকএ। কাদোক্তা শীশিল্লে। ২৮নি লংমাইজিংদা বাংথৈ সুবিদারনচিংনা অহা'লমদা লান্দানবা থুংলৈএ। শজিবু থা ইমশকৈশন[৫] হল্লে। ১০নি ঈরাইদা[৬] বিষুব সংক্রান্তি ওই। হাওপূজাম্বা চন্দ্রসিংগী কুম শক ১৮০০ -১২নি লংমাইজিংদা শজিবুগী পালোক ওই। কালেন থা ঈরাইন[৭] হল্লে। ৪নি নিংথৌকাবদা কৈবিদগী কৈ মচা ১ চঙনা কায়। ৮নি ঈরাইদা কোম্বাদগী কৈ ১ চঙনা কায়। ১০নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি ঈরাইদা লোইতোংবা সুবিদারবু থৌদোবা হৈজ্জে হায়রদুনা থাক্তদা লোই থাই। ইঙা থা লংমাইজিংনা[৮] হল্লে। ৯নি লংমাইজিংদা অনা লাইবাম থুংলৈ। ১০নি নিংথৌকাবদা[৯] কাংওবা শেলুংবম পানা হাজাবী বরদেবান মেজোর, অয়াপুবেম লাইকম লাকপা, হোদামচা শামুসিং সুবিদার শাইখোমচা নেত্রজিৎ অসিদা শিন্নদুনা নোংপোকী লম্বী, খোইবু লম্বী, খা লম্বী, ২মা থিংদুনা অনৌবা কাংপদি লমদিং বাংজিংদা শ্রীবুংকী পাদ চিন্হ য়েকদুনা য়ুংলমএ। লমদিংদগী হৌমা লোকলাওবুং অদুদগী খোংনা বন মচিদগী চীংখোং য়ৌবা, হৈজুপপোকপিদগী খোংনাং চীংদোন য়ৌবা, অদুদগী ভোকপচীং বাইবা অদুদগী চা-লমথেল য়ৌবা অদুদগী তুমু চংনবা শিগোং থুমন নুংপাক থাবী অদুদগী খুজাইরোক লান্দুনা য়োমে থাদা য়ৌবা অদুদগী তুমু তাবা মরিংকাম পামচা লোথেন্দগী থাইবা লমথৌ চীংখোং

১। তাং ১৭।২।১৮৭৮ ইং ফাল্গুন ৬, চন্দ্রগ্রহণ, দিবা ২৪।৯ পল গতে স্পর্শ, রাত্রি ৩।৬ পল গতে মোক্ষ।

২। তাং ২৫।২।১৮৭৮ ইং ফাল্গুন ১৪। ৩। তাং ৫।৩।১৮৭৮ ইং।

৪। তাং ১৭।৩।১৮৭৮ ইং। ৫। তাং ৩।৪।১৮৭৮ ইং চৈত্র ২২।

৬। তাং ১২।৪।১৮৭৮ ইং চৈত্র ৩১, চৈরাওবা, চড়ক পূজা।

৭। তাং ০।৫।১৮৭৮ ইং। ৮। তাং ২।৬।১৮৭৮ ইং জ্যৈষ্ঠ ২০।

৯। তাং ১০।৬।১৮৭৮ ইং জ্যৈষ্ঠ ২৮।

য়োবা অহুদগী মংশা য়োবা পলেন লম্বীনে। ১৪নি ঈরাইদা চনম দেবস্বরগা চনম খবগা পিবা মুম্নবু শ্রীযুৎ স্না মাঙ য়োনবদা চনম দেনখরনা চুমথিএ। অহু হুমিত্তা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি ঈরাইদা[1] কাংজবা মেজোরনা অবাংলমদা হৈয়াখুন, পুংশামৈ, চবাইহু, কোইনাতে, পুকম, তুমনৌপোকপি, থিংপা, লমপুই, মাখান—মরাম খুলেন, মাউ, পুংদোং অসি থুগাইরগা থুংলৈ। হাও ১৫ কাবকএ। ইংজেন থা মিংথোকাবনা[2] হল্লে। য়ুহাবাই। ৬নি থাঙজদা শ্রীযুৎনা কামহাও কমশোন খুন ২মা থুগাইবা মীদা লৈচম্মা খুদৈ মনা পীএ। পবি ফী পুমপোন মামা মনা পীএ। ১৩নি ঈরাইদা য়েনকোকপমগা শনসমগা লৌনৈ হায়দুনা হাওজোংবন্দা লোই থাই। ১৪নি থাঙজদা থোকচাও থাবাওম্ববু গর্ভ য়ৈথৈ হায়দুনা গুপ্‌দা লোই থাই। মুপীনা থুজোইনৈ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি শগোনসেন্দা লোক্তাক্তা মৈকাম্বা পণ্ডিৎনা লাইকম তৌবা তোকহল্লে। ২০নি ঈরাইদা নোংচুপে হায়দুনা মপান কাঙক্লৈপুংদা শ্রীযুৎ গোবিন্দ লেঙথোক্তুনা পানা ৪মা ইশৈ শকএ। লৈকাই ৪মম্বুং নগরকীর্ত্তন শকএ। নোং চুইএ। থবান থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। অহু হুমিত্তা শারুংবমচা পাপু হাওমচা থনবনা জখেন্দগী থম্বান অডাংবা মনা ১০৮ গুবা মক পুরক্তুনা শ্রীযুৎতা কৎলৈ। শ্রীযুৎনা কৈবাকপা পুরেন হাপথিএ। লৌবেম্বা হাওমচা হিদংগী পুথীদা থাবদা শাত্তুনা শ্রীগোবিন্দজীদা কৎলে। লৌবেম্বা হাওমচা হিদংবু লমপাং খুংহুৎ পীএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা পাঙি বোনোক কমলানাম্বগা শোকী চুমই চুমদে হায়দুনা শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজনচিংবা অঙম্বা পুম্নমক য়াংনা কমহুনা বিচার তৌনবদা শ্রীযুৎ মহারাজনা বাহম্বদা শ্রীযুৎ স্না য়াথং তাকপীএ। কমলাকান্তবু মকম থাই। বোম্বুং চঙহন্নে। ৯নি ইমশৈশদা কাংজবা নাবাংবু কমেংদা লোই থাই। ১৪নি লংমাইজিংদা পুথিবা দেববু য়োমাংতেক্তা কায়কএ। ১৮নি ঈরাইদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১ নিংথৌকাবদা লোইতোংবা স্নবিদায় থাজদগী কৌথংলে। ২৯নি লৈপাকপোকপদা নোং চুদে হায়দুনা থ্বাইরম্বন কৈথেম কাবী পুম্নমা নোং লাওএ। লাংবন থা শগোনসেন্না হল্লে। ২নি ঈরাইদা কংলা ঈথোং কাংলে। কংলা গুরুংদগী হঙোই পোয়োবী ১ চোংথোকএ। কংলা ঈথোং ৭নি কাংলে। মাঙদদি নোংমতা কাংত্তে। শজিবু থাদগী হৌনা থা ৬ নোংচুপবমা হিয়াংগী ঈশিং

১। তাং ২৮।৬। ১৮৭৮ ইং। ২। তাং ১।৭। ১৮৭৮ ইং।

লৈতে হায়দুনা ১০নি ঈরাইদা কাদোকনা শনজেন থোংদগী ঈশিং শিংচিল্লে মমুং থাঙবাংতগীসু শিংচিল্লে। শঙপামবা পুম্নমসু শিংলে। ২০নি নিং-থোকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি হোৌএ। ২৫নি থাঙজদা শামু অঙৌবা কৈথেন অওয়দা থুংহুনা শ্রীযুৎ সনা মিংয়েং তারে। থাশি নোং শগোনসেন্দা শলাম লৱাইদগী ইরোম ১ শোরারুদা চঙঙে হায়হুনা শিএ। মেরা থা ঈরাইনা হুনএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা ময়াংদা নোংমৈ অক্তেকপা ৪০০০ সংগীনগা লোয়ননা পীশিনখিএ। ১০নি থাঙজদা শিলোংতগী কমিশোন সাহেপ গুত সাহেপ ২মা খুংলৈএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা পুখাওদা নিংথেমগী শজাই হোৌএ। অদু মুমিত্তা হোংলু হাওবু চশাংনা থোমগ্রে হায়হুনা তাইমজম্বা কুংনচিংমা সিফাই ৬০ লোয়নহুনা লাম চংখিএ। অদু মুমিত্তা শ্রীযুৎ সনা হাকথক্তা মোইরাং পণ্ডিৎমা ইবা কংলৈরোনদু সনা মিংয়েং তাবদা সনা পুকনীং থুংলহুনা থুমুজমচা পণ্ডিৎ ১ শরাংথেমচা পণ্ডিৎ ১ নিংথৌখোংজমচা পণ্ডিৎ ১—৩ মখু শ্রীযুৎ সনা নাক্তা কৌশিন্দুনা সনা য়াথং হায়দোকএ। ইপু মোইরাং পণ্ডিৎনা তৌবা কংলৈরোন অসিবু মুংঙাইত্তে ঐ য়াওনা কমহুনা ইশে হায়হুনা ইবা লাইরিক লোমলজ্‌রা। ২১মি শগোলসেন্দা লাইরিক মমিংসু শঙগাই ফম্মাং কৌএ। কংবৈ রোন চামএ হায়হুনা কৈথেন্দা শামু তোংহুনা পাউ চেল্লে। অদু মুমিত্তা মেরাগী সংক্রান্তি হোৌএ। ২২নি ঈরাইদা লাইরিক পুজা তৌহুনা সনা উপুদা চল্লে। হিয়াঙ্গৈ থা থাঙজমা হল্লে। ১৮নি ইমশকৈশদা কাংজবংচা মেঙ্গোয়মা শিফাই ৫০০ পুহুনা চাত্রিক নাবা চংলে। ২১নি থাঙজদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হোৌএ। অদু মুমিত্তা থামোনগী খৈহৌবরোল ইবা হোৌএ। ২৬নি ইমশকৈশদা গোসাইরাণী মচানিপা ১গা থুংলৈ। ২৮নি ঈরাইদা য়াংলেমগা লাইশ্রমগা লৌনহুনা হাওজোংবদ্দা থাই। অদু মুমিত্তা শোৈরাইজমচা মেঙ্গোয়না অবাং হাওমুখী ১৭ কাহুনা পীথোকলকএ। পোয়ন্দু থা নিংথৌকাবমা হল্লে। ৩নি ইমশকৈশদা জর্নেল, কর্মেল পুলিজিকেন এজেন্ট ওমা মতুমচা য়াওনা চঙখিএ। ৪নি ইমশকৈশদা লোংজাম্বা মেঙ্গোয়মা নোংপোকসম চংলুবা থুংলৈএ। ১০নি ইমশকৈশদা সৌগাইজাম্বা মেঙ্গোয়মা চাত্রিক নাকবা থুংলৈএ। ২১নি নোংমাইজিংদা পোয়নুগী সংক্রান্তি হোৌএ। বাকচিং থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৭নি লৈপাকপোকপদা গোসাইরাণী চঙখিএ। ১২নি নংমাইজিংদা অবা ল্যাইবাম থুংলৈএ। থানিম নোং ইমশ-কৈশদা হাও ১দা মরাম্বা হাংলে হায়হুনা তগুদা হাংলো হায়না পুথখিএ।

২০নি নিংথৌকাবদা থাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা থাবগাইদগী কৈ ২ ফাবকএ। ২২নি ইমশকৈশদা লাইথ্রম ওইবুতা ভাবা নিংথৌকাবম কুন্দা লমতম্বগী মচা চিঙসিংগা খরোন শগোন মকোকী মত থোবগা পিবা মুন্নত্না শ্রীযুৎ স্না মাঙদা বিচার তৌনবদা লোইবা তমদত্না শ্রীযুৎ স্না মাথং লাইগী শাথি য়েংনবে হায়ত্না মুংজেংদ ঈরুপনবদা লমদম্বগী মচা চিঙশিংনা চুমএ হায়ত্না পিশ্বা ওইথি। থাইরেন থা শগোনসেন্না হল্লে। অদুগ মুখিত্তা সাহেপ ১ম্নং থুকৈ। ২নি ঈরাইদা শ্রীযুৎকা সাহেপকা দরবার তৌএ। ৩নি থাঙজদা অকাম হানবা ওয়্‌গী মী ৫ হাৎখিএ। ৫নি নিংথৌকাবদা মাইম্নাংচা মেজোরনা সিফাই ২০০গা লোথনত্না লুশি থাবা চংলে। অদুগ মুমিত্তা শামু ফাইশা মথা তেবএ। ৮নি শগোনসেন্না মাইম্নামচা মেজোর থুংলৈ। ৯নি ঈরাইদা ইয়েংবমচা জগদাগা মবচন্দ্রগা ২মা থংনত্না নোবোচন্দ্রনা চুমএ হায়ত্না শ্রীযুৎ স্না মাঙদা থাখৈথিএ। ২১নি ইমশকৈশদা কাইরেনগী সংক্রান্তি তৌএ। ২৫নি লমোইঙিংদা পুরন সাহেপ থুংলৈ। লমতা থা থাঙজনা হল্লে। ৫নি ইমশকৈশদা থাঙজম চাওবা মযুমগী শ্যামপুর্ণ পাঞ্জি খনবগা হ ৫মুবাবগা ২মা থুম থাইনরে। স্না মাঙদা থাখৈনবে। ২২নি ঈরাইদা লনশাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা ময়াংদগী খুন্দ্রংকপম চা ১ মক্কবোং তৌনা ক্যাকপবু শ্রীগোবিন্দগী আবতি মতমদা থুংলৈ। শংকবু থা লমোইঙিংনা হল্লে। ৯নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ লেঙত্না লাংজোংগী কৈ ১ কায়। ১৭নি লৈপাক-পোকপদা কাংঙবা মেজোর থুংলৈ। ২১নি থাঙজদা বিষুব সংক্রান্তি ওই। নোংথোনবা ধর্মগী কুম শক ১৮০১—২২নি নোংমাইজিংদা শজিবুগী পালোক ওই। অদুগ মুমিত্তা অবা ৪০০।৫০০ কাবকএ হায়ত্না হিজমচা নোংবো খুবিদারনা সিফাই ২০০ পুত্না চংলে। কালেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৩নি শগোনসেন্না শ্রীযুৎকী শঙকাই। কাংঙবা মেজোরগী কুবা, লৈমপোকপা পানা হাজারীগী কুবা হোঙএ। ২৫নি শগোনসেন্না কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থা শগোনসেন্না হল্লে। ১৩নি নিংথৌকাবদা মচা ইবেম্মবু নোংমাইথেমদা লুহোংত্না থিনখৈএ। ২৫নি থাঙজদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থা ঈরাইনা হল্লে। ৬নি যুমশকৈশদা চিংঙাখমচা নোংথোনবমা থোকচোম চহু ১ কায় হায়ত্না মকম থাইএ। অত্তদা মাওবদি থামোন ৪ লাইখিক য়েংবম মচা ১দি কাদোক্তা পীএ। থামোন্দি য়োংহিং চন্দ্রমা

কাদোক্পা থবক ওবা য়েংহল্লে। অহুদা য়াওবা থাংজম হুপীদি কৈথেল্দা থুজোইনৈ। ১৯নি নিংথৌকাবদা য়ুহাল্লাই। ২১নি ইমশকৈশদসু য়ুহাল্লাই। ২৬নি লৈপাকপোকপদা শামু য়ুইশা পিএ। ২৭নি ইমশকৈশদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থা লংমাইজিংবা হল্লে, ২৯নি থাঙজদা কুমলোদা মোইরাংথেম মচা ১ লৌহোন পুবদা তুহনা লৌহোম্না মপুনা পিএ। অহু হুমিত্তা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থা নিংথৌকাবদা হল্লে। ৬নি থাঙজদা হাওবমচা ময়ঙ্কা লৈবা থোংবাস্তাবম মচাহুপী ১ নিপা ১ হিরাংথাংগী থোংদা হি লাক্নুনা পিএ। ১৪নি থাঙজদা ময়াংদগী নোংবৈ কোম্থোং হাম্রা ১০০ থুংলৈ। ১৮নি য়ুমশকৈশদা মচা ইবেম্ম' নোংমাইথেম ওংবীনা কোম্রুংদা অগোই য়েংলুবা কুমলকপদা থংনহুনা কোম্রুংদা কাওক্নুনা শ্রীমচা ইবেম্মনা শ্রীযুৎতা ঐবু থোঙপাকনা কাওএ চায়হুনা হুজংলমবদা মমাক ইবুংঙো নোংমাইথেম্বু কৌথংতুনা গারোংতা য়ৈএ। অহুদা য়াওবা চেকফোনগী থাংজবা ১ কোম্তেংথম ১ লাইবেলাকপা ১—৩মা য়ৈহুনা কাদোক পীএ। ২১নি লংমাইজিংদা মমাক ইবুংঙো নোংমাইথেম্বদি য়োংহিং চন্দুনা তগ্নদা লোই থাববু লৈশাংথোংদা থাম্মএ। ২৫নি শগোনসেন্দা মচা ইবেম্মা নোং-মাইথেম ওংবীবু কোম্রুংদা পুথংলে। অহু হুমিত্তা মচা ইবেম্মশিংনা শ্রীযুৎতা ননাই নোংমাইথেম্বগী মথক্তাদদি বনবীও চায়হুনা হায়জবদা অহু ওইরমদি থাদোই স্মাগী কনেক ইল্লো হায়বা য়াম্বদি মথক্তায় কনবীরকও হায়হুনা কনেক পীখিবসু কনেক ইল্লবদা কনবীহুনা থাশি য়ুমশকৈশদা পুথংলকএ, কোম্রুংদদি চঙহন্দে। মপাগী ইমদা চঙহনখি। অহু হুমিত্তা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন অকোনবদি মলমাস ওই। লাংবন থা অকোনবদি ইমশকৈশদা হল্লে। ২নি শগোনসেন্দা লাংপোক্তগী কৈ ১ কায়কএ। অহু হুমিত্তা ময়াং-লম্বমচা হুপী ১ থুজোইনৈ। ৫নি থাঙজদা কংলা ওকং কুমি হায়হুনা থুমুজমচা পণ্ডিংনা শ্রীযুৎতা হজত্তুনা স্না য়াথং ফুনথা য়াদে হায়হুনা শেনএ। ২০নি লংমাইজিংদা শঙাইশেন পাই। অহু হুমিত্তা মোইরাংগী ওরাং হুল্লে হায়হুনা শ্রীযুৎ স্না য়াথং মৈকামচা পণ্ডিৎ নঙনা শেমলুও হায়হুনা শেন্দ্রাদগী নুংমা ওরাংগী কত্তবা শেমনৈ। ১৭নি শগোনসেন্দা য়ুহাল্লাই। মেরা থা শগোনসেন্না হল্লে। ২নি ঈরাইদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিত্তা হাঙ্গোইদগী কৈ ১ কায়। ৩নি থাঙজদা ময়াংদগী গোথাই ১ থোকলতুনা শ্রীযুৎতা লুপা নিএ। মহারাজনা লুপা ১০ পীখি। অহু হুমিত্তা লাদোন্দগী

কৈ ১ ফাবকএ। মোনজুদা সাহেপ ১ হাংখি হায়দুনা ৯নি শগোনসেন্দা মচা ইবুংঙো যুবরাজমচিংনা কাংভবা মেজোর সাহেপ ১ মৈস্রাম মেজোর ১ মনাও ইবুংঙো কম্বাননা সিফাই ১০০০ শওচোই ১০০০ লোয়নদুনা মোজুখুন্দা লান চংলে। থানিয়োং শগোনসেন্দা শেরী কপতান সাহেপ থুংলৈ। সিফাই ৬০ লোইনবকএ। ১৮নি লংমাইজিংদা শেপি কপতান সাহেপ মোনজুনা'বা চংখিযে। চিয়াঙ্গৈ থা ঈরাইনা হল্লে। অদু মুনিস্তা হিজমচা মুবিদাবনা কবোয়ম কোয় শাবা চংলে। ৩নি লংমাইজিংদা চিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি ঈরাইদা সাহেপ ১ থুংলৈ। ১৭নি লংমাইজিংদা ক্রেন সাহেব ' স্রজোম সাহেপ ১, ১৮নি লৈপাকপোকপদা মচা ইবুংঙো যুবরাজমচিংনা মোংজ মারকবা থুংলৈ। ২০নি শগোনসেন্দা সাহেপ ২মদি খিরনাইদা চংখিএ। পোয়রু থা লংমাইজিংনা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা ' ''মুগী সংক্রান্তি হৌএ। ৫নি শগোনসেন্দা ময়াংদগী নোংমৈ চিদাং থুংলৈ ... লাইশ্রম মচা ১না লাইরেনলাকপম নিংঙোল লাংয় হায়দুনা নিপাদি কৈথেন্দা মৈএ। মুপীদি কৈথেন্দা শগাই শাদুনা ফাওএ। থানিন নোং লংমাইজিংদা থা শানা কংএ। বাকচিং থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৩নি ইমশকৈশদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ৬নি থ ডক্তা ময়াংদগী সাহেপনা নোংমৈচিদাক লাক ১ পীবা থুংলৈ। ২৮নি লংমাইজিংদা কোমুংদা শক্তি ১ চডনা যায। ফাইরেন থা ইমশকৈশনা হল্লে। ২নি শগোনসেন্দা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি ঈরাইদা চিফ কমিশনর সাহেব, সেক্রেটরী সাহেপ ২মা থুংলৈ। তোপ ১০বক কাপএ। ১১নি নোংমাইজিংদা মহারাজনা সাহেপনা লুপা কংলি নোংনৈ অরোংবা উপুগা লোয়ননা পীএ। ১৫নি শগোনসেন্দা সাহেপকা লোযননা বাংভম মেজোরগা অরাংলমদা লান চংলে। ২৪নি ঈরাইদা কাংভবা মেজোবগা সাহেপকা থুংলৈ। ২৯নি ইমশকৈশদা শৌবাইজমচা মেজোরমা অবাংলমদা চা ত্রক লোই থৌবা চংলে। লমতা থা ঈরাইনা হল্লে। ২নি থাঙজদা নম্বোন্দা শন হাংলে হায়দুনা থোকচোম ১ মোইরাংথেম ১ লোইতোংবম ১ খিয়াম ১— ৪মা শনলুংশঙদা পুখংলবএ। খুংমাবা থোক চাওদি লানথী রাইরেকশঙদা থমএ। অদু মুমিত্তা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ৪নি নিংথৌকাবদা খুংনাবা থোকচাওদি ফাদোক্তা পীএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা শৌবাইজাম্বা মেজোবগা সাহেপকা চাত্রিক চংলুবা থুংলৈ। ২৯নি শগোনসেন্দা শৌবাইজমচা মেজোরগা কাংভবমচা মেজোরগা ২মামচিংনা

মুহাবাই। মুম কৈ কুম্বা দলান কাঁহে। ২৩নি ইমশকৈশদা অহিংদা শঙাইশেন পাই। অহু হুমিংতা থোবান ভুরেন্দা হাও অমা শিএ। ইঙেন থা শগোলসেম্মা হল্লে। অহু হুমিংতা ইবুংশি তোমপোক শিএ। ৮নি শগোন-সেন্দা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি থাঙজদা মুহাবাই। ১২নি নিংথৌবাবদা শঙাইসেন পাইএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা মুহাবাইএ। ২৪নি ঈরাইদা মুহাবাই। ২৫নি থাঙজদা মুহাবাই। থবান থা থাঙজনা হল্লে। ২নি লংমাইজিং দা ইবেংবম লৌবাইদা লৈবা ইবেংবম মচা ১না চুরানথাবা শাহুনা চুহী হবমএ হাবহুনা কৈথেল্দা কৌএ। ৩নি নিংথৌকাবদা অমুক কৌএ। থাইবম্ম কৈথেলদু কৌএ। মোইরাংখোম কৈথেলদু কৌএ। শি জমৈদু কৌএ। ৬নি শগোনসেন্দা মুহাবাই। ১১নি নিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৭নি ঈরাইদা শ্রীযুৎনা মবুথৌ পাথংবদা নাই হুপী শলাম মচা ১ কৎলে। লাংবন থা লংমাইজিংনা হল্লে। ৪নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎনা লাই নোংশাবদা লাইরম মচা হুপী ১ কৎলে। ৭নি থাঙজদা মুহাবাই। ৮নি লংমাইজিংদা হাবী হুপী ১ মাঙল্রে হায়হুনা কৈথেল্দা শামু তোংহুনা পাউ চেল্লে। ১৩নি শগোনসেন্দা লংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি ইমশকৈশদা শেগা লম্বেল্দা লৈবা সোইবম লম্বোইবা ১না কোকেংবম হুপী ১ লাইদা হায়হুনা পাৎচদা পুথৎলকএ। অহু হুমিত্তা শ্রীযুৎ ম্না হকচাং ইবদা চনম্বমচা কামদেবো অমান্দারনা ম্না থৌগন কংজে। ২৩নি লংমাইজিংদা মুহাবাই। ২৪নি লৈপাকপোকপদা জনষ্টোন সাহেপনা চঙলকুনা শ্রীযুৎ মহারাজনচিংবা মজা ইবুংঙোশিং মেজোরশিং পুরমাগা লোয়ননা দরবার তৌএ। শ্রীযুৎ মহারাজনা ম্না পুরীং হুংঙাইবদনা তোপ ৯লক কাপএ। অহু হুমিংতা শঙাইশেন পাই। ২৫নি ইমশকৈশদা জনষ্টোন সাহেপতি মতুমচাগা লোয়ননা মথাং চঙথিএ। মেরা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২নি মুমশকৈশদা মেলা হৌএ। ১০নি ইমশকৈশদা মেলা লোমএ। অহু হুমিত্তা কাংঙবমচা থাজাম মেজোরদা থুবোমরাই, থুদাংরাই, থোংগ্রাই মথক মথা পীএ। ভাংবলোইহুং পীরে। মৈয়ামচা মেজোরদা মিংথৌ কি শাইজোনবা পীএ। ইকংবমচা পোইলাদা কিরাল ৫ লোঙবা পীএ। ১৩নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা সাহেপ অমুক মরাং চৎলুবা থুংলৈএ। ২৪নি ইমশকৈশদা থলথাম থুন্দা লৈবা থিয়ামমচা ১না বামোন হৈককশি মহুথী নিংতোন ১ হাংথেম মচা ১গা তাঙলৈ হায়হুনা পাবোৎতা পুথৎলকএ। ২৫নি শগোনসেন্দা

উম্নিপোক্তা লৈবা বাযোম অনৌবম্ নিংতোম অমা বাংখেম মচা ১গা তাওনৈ হায়দুনা গারোংতা পুখংলকএ। হিয়াঙ্গৈ থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৫নি লংমাইজিংদা কোম্বাদগী কৈ ১ কায়। ১১নি ঈরাইদা মবুথৌ নোংশাবগী নিংথেম মুপী কৈথেন লাকপিগা লাই কাঙ্গারিগী শোরোকখাইবগা তাওনৈ হায়দুনা মমম শেন লখা ২৫ হন্নমএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি লংমাইজিংদা শগোনশেম ফুরিৎতুবগী মচাম্নুপীগা পাঙনপা তাওনৈ হায়দুনা পাঙন ওইহনখি। মপা মমাদি লিলোং বাংমা পাঙন থূলক মাইবোকপম ইমফমদা লৈহনখিএ। ২০নি নিংথৌকাবদা জুনাও তাদনা থিয়াং হোল্লে। ২৩নি শগোনসেন্দা কাংতবমচা মেজোরনচিংমা সিফাই ১০০০গা লোয়নদা সাহেপকা খিবোম্মদা চংখি। পোয়মু থা ঈরাইমা হল্লে। ৫নি নিংথৌকাবদা কাংতবমচা মেজোরনা খিবোম্মে চংলুবা থুংলৈ। ৬নি লৈপাকপোকপদা মহারাজগা সাহেপকা দরবার তৌএ। ৭নি ইমশকৈশদা শি-তোন সাহেপনা সিফাই ৬০গা লোয়নদুনা ফ্যাংদগী থুংলৈ। ১২নি নিংথৌকাবদা সাহেপনা চণ্ডলক্নুনা শ্রীযুৎকা দরবার তৌএ। ১৪নি ইমশকৈশদা পোয়মুগী সংক্রান্তি তৌএ। অহু মুমিত্তা খুমুজমচা পণ্ডিৎনচিংনা হঞ্জবা হিদং পুম্নমকা সাহেপকা মৈতৈগী মৈহৌবমোনম্ তাওনৈএ। থানিম নোং শগোনসেন্দা ওইনামলোংদগী খুজ্রাকপমচা সুবিদাবনা নোংমৈ ১০০০ মথাংদা পুশিনখি। অহু মুনিত্তা থা শানা কংএ। ১৭নি থাঙজদা বাংখেমচা ১না বাযোন মুপী লাম্নৈ হায়দুনা কৈথেন্দা য়ৈএ। ২০নি ইমশকৈশদা শিতোন সাহেপ ময়াং চঙখি। ২৬নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তিসিং মহারাজনা তাশিকোন কৌবা থাগ অসিবু মুংলে, ওবাশিং কনা হৈবনো হায়না থিনবদা উজা খুযোনথেম্বনা হৈরমএ। শ্রীযুৎ মা মাঙদা কাংতবমচা মেজোরনা অয়েকপম ওজা নারুম্বা, লাইশ্রবা কুবিলা, মুহার মথোয় ওমজ্জা থাগ অসি চুম্বা চঙএ। ওবা নারুম্বা অসিনা চুমএ থুমএ লাইশ্রবা মুহারদি চুমদে থুমএ। অহু ওইরবদি নঙ তৌও হায়রবু তৌবা ঙমদহুনা কৈদা ঙমএ। অহু মুমিত্তা চিংতাখমচা মেরী শেলুংবা অসিনা মচা ইবেম্মা কান্দেং মাবু শেমজিন্দুনা তাওহল্লে হায়দুনা মমুম মকৈ কুরুপ তৌদুনা বোন্দি থমএ। বাকচিং থা থাঙজনা হল্লে। ২নি লংমাইজিংদা তোন সাহেপকা শিজনিহারা সাহেপকা ২মা চণ্ডলক্নুনা মহারাজগা দরবার তৌএ। ৩নি নিংথৌকাবদা খিবোম্মেদা কাংতবমচা মেজোরগা তোন সাহেপকা নিংচিং সাহেপকা অবাংলম খিবোম্মেদা

চংখিএ। অদু মুমিত্তা ইতম চীংজিন্দা চিংপাংবম বাম্লোক থাইনা য়াংথৈ পুক্তাও কাওনা শোম্লোক শেংএ। ১৩নি শগোনসেন্দা মাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৪নি ঈগাইনা নিংচিং স'হেপ পুংএ। ১৫নি থাঙজদা খুম্প্রাকপম মুবিদাবনা ময়াংদগী লোংমৈ ১০০০ মেগজিং ৫৭ পাকশি ২৬ অসি পুথোরকপা থুংলৈ। ২০নি শগোনসেন্দা অশৈবা লোবলেন্দা মচা ইবুংঙো য়ুবারাজ মেজোরশিং পুরমা শ্রীযুৎ মহারাজ লেঙহুনা লম ৫০০ ওনথোক্তুনা তোপ ৪বক কাপএ। ২১নি ঈবাইদা ঙাংঙৌদা খেংং তেংবা চংলে। ২৩নি লংমাইজিংদা ঙাংঙৌ খোং তৌবা কৌথংলে। ২৫নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজনা অশৈ লোকলেন্দা তোপ কাপ্পা লেঙএ। ২৬নি ইমশৈকপদা কাংশুম থামানা খোংজাই চালৌ নিংথৌগা খুলাকপগা ২মা ফাবকএ। কাযবেন থা নিং-থৌকাবনা হল্লে। ২মুং পাল্লে। লৈপাক পুম্নমাগী মীবোক ইএ। কাংশুম থানাগী মাইবমচা চাওলেন জনান্দারগা মনাও। ওালেন লানমী হিদংগা ২মদা শ্রীমহারাজনা খোংজাই চালৌ নিংথৌ ১ খুলকপ লান্‌জিংবা ২মা ফাবগী নিংথৌ ফি তাজিন পীএ। অদু মুমিত্তা নিংথোৌরম বসপানীগী মামোইজমচা কোমোনসিং অওন্দাবনা খোংজাই চশাং নিংথৌ ফাবকএ হায়হুনা শ্রীযুৎ মহারাজনা নিংথৌফি তাজিন পীএ। ৩নি লৈপাকপোকপদা চিংঙাখমচা মেবী শেলুংবগী হুণ্ডি ওইরমএ হাযহুনা নাবোংবসচা উত্তম ১ অথোকপমচা চাওবা ১—২ম কাদেক্কা পীএ। অদু মুমিত্তা চিংঙাখমচা মেবী শেলুংনদি কৈথেন্দা শগাই শাহুনা যৌএ। ৪নি ইমশৈকপদসুং নিংথৌখোংদা ফৌএ। ৫নি শগোনসেন্দসুং লোংপোক খোংদা কৌএ। ৬নি ঈবাইদসু মোইবাংখোমদা কৌএ ১২নি ঈবাইদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি থাঙজদা মচা ইবেম্মা কান্দোংম্নাবু শেমজিল্লে হায়হুনা চিংঙাখমচা মেবী শেলুংববু লাইফম খুদিংদা খুকমহল্লে। উত্রা মাচা শগাই শাহুনা মশম কোকতুনা যৌএ। লৈপাক পুম্নমা পাউ চেন্দুনা যেংলে। অদু মুমিত্তা থাদোকখিএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা অতোমচা হাওমচা হজবগা, চিংগুবমচা গৌরধাম মুবিদারগা ২মনাচিংমা চাত্রিক্তা চংলুবা থুংলৈ। ১৯নি ঈবাইদা চিফ কমিশোন সাহেপ থুংলৈ। ২০নি থাঙজদা মহারাজ লেঙহুনা সাহেপ ২মাগা বাজালাদা মচা ইবুংঙো ৪গা মেজোর ২মাগা দরবার তৌএ। ২৬নি শগোনসেন্দা সাহেপকী ময়াংদগী উং ৩ থুংলৈএ। লমতা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৩নি শগোন-সেন্দা মহারাজনা অয়াং লমফেনশোইদা লৌ শেমগে হায়হুনা লৈমপোকপম

হাজাবী কুমহুনা অবাবাশঙনি হায়হুনা লৈকাইনে, লানমীনে, শংশারোইনে, পাইজম্বনে, কুল্লানে, লুপাদানে, খোংশাং অপানবনে, শঙ অসি কুমহুনা লৌনম্বাল কোংহল্লে। ১০নি লংনাইজিংদা লমজাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৪নি[১] নিংথৌকাংদা কাংঙবা মে জারনে, জনস্টোন পোলিটিকেল সাহেপকা হবা থিবোম্বি যৌনা চৎবিএ। ২৩নি ইমশকৈশদা[২] কাংঙবা মেজোরগা সাহেপকা চৎখিবদা। ময়াম হাওবু সাহেপকী পোৎ ফিল্লু যাদে হায়হুনা কাংঙবা মেজোরমা ময়াম হাও ১৯ কাবকএ, যাদোক্কা পীএ। শজিবু থা ইমশকৈশমা হল্লে। ৬নি লৈপাকপোকপদ য়াইরপোক্কা খোংরোমমচ ফিপা ১ ওকনা শোক্লমা পিএ। অহু মুমিত্তা যুহ বাহ। ১২নি নিংথৌকাবদা[৩] বিমু সংক্রান্তি ওই। খোকচাও চাওখোহম্বী কুম শক ১৮০৩ ১৪নি ইমশকৈশদা শজিবুগী পালোক ওই থাখি নোং শগোনসেন্দা[৪] শ্রীরাধাবৃষ্ণ হবা জীবন্ত স তৌএ। অহু মুখিত্তা কাংঙবংচা মেজোরনা পলেন্দা সাহেপনা শা কাপ্পদা নাই হায়হুনা ওবপা চৎলে। বালেন থা[৫] জরাহনা হল্লে। অহু মুখিত্তা বাংঙবংচা মেজোর থুংলৈ। ৩ ন লংবাংজিংদা যেল হৌএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা[৬] ইবুংঙো কম্বানগী মনাহ পাওনাগা পোৎশংবগ থাহদিংবা ওমা য়ৈবৰু পাওনাদি পিএ। ৭নি শগোনসেন্দা[৭] এলা লোমএ। ৯নি থাঙডদা মবুখো পাথংবগী লংহকোন নুংজেং নপান্না বাংখৈঝাকপব খোম্বনা নোংমেবুংদগী ও মরক্লনা ওক লাবা ১ বাথ। ১০নি নোংমাংজিংদা[৮] মচা ইবুংঙো কম্বানগী মনাই খৎনবগী বিচাব হৈংতে হায়হুনা মচা ইবুংঙো কম্বানবু মী ১০গা লোয়ননা থাজদা থা থএ। অহু মুখিত্তা নহকম সিকাহদা লেবা কানজৌবম নিপা ১না হাওহুনী লাপ্পে হাবহুনা হাও ওনংনখি। ১০নিঙ্গুং ২ পাল্লে। অহু মুখিত্তা শ্রীরামবৃষ্ণ হমকপু শ্রীযুৎ মহারাজনা বালাবাজবু লাংলো হায়হুনা থিনথাথএ। ১৪নি ঈরাহদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি শগোনসেন্দা কাংঙবা মেজোরগা জর্বেন সাহেপকা সিফাই ৭০০ বা খোংজাই ১০০গা লোয়ননা অরাংলনদা লান চৎখি। ২৯নি শগোনসেন্দা কমলাকান্তোনা পাজি খুৎপাইপু মীরৈপাকী খুৎপাইকা মায়হনগে হাযহুনা খেম্বৰু শম্ভুরাম পাজিনা অসিদি

১। তাং ১৪। ৩। ১৮৮১ ইং। ২। তাং ২৩। ৩। ১৮৮১ ইং
৩। তাং ত ং ১১। ৪। ১৮৮১ ই চৈত্র উবা। ৪। তাং ২৮। ৪। ১৮৮১।
৫। তাং ২৯। ৪। ১৮৮১ ইং। ৬। তাং ৩। ৫। ১৮৮১।
৭। তাং ৫। ৫। ১৮৮১ ইং। ৮। তাং ৮। ৫। ১৮৮১ ইং।

চন্দ্রাব্দ থুংপাইদি কায়বা থোকলে হায়দুনা শ্রীযুৎনা ম্না মাঙদা বিচার তৌমরবদা চন্দ্রাব্দগী পুং ৮ লৌথোক্লবদি কমলাকান্তদি লানবা থোকলে হায়দুনা নিংথৌথোংদা লোই থাই। শম্বান্দুরাম পাঞ্জিবু নঙমা থঙলবদি হায়া কবিগী তাকতবগে হায়দুনা কৈদা থমএ। থাশি নোং থাঙজদা শম্বান্দুরাম পাঞ্জিদু কৈদগী লৌথোকএ। অদু মুমিত্তা কাংঙবমচা মেজোরনা মরামদগী মমাম হাও ৩১ কায়কুনা থুংলৈ। ইঙা থা লংমাইজিংনা হল্লে। অদু মুমিত্তা লাংপোক্তগী কৈ ২ কায়কএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু মুমিত্তা শ্রীমচা ইবুংঙো কম্বানগী মনাই পুত্রনবা পোংশঙবা ২মা অসিদি থুংমাবদি হায়দুনা তম্‌দা লোই থাই। ১৮নি ইমশকৈশদা মচা ইবুংঙো কম্বানবু লোইদগী কৌথংলে। ২৬নি ইমশকৈশদা চক্রথোংদা লাল লাকএ হায়দুনা সৌবা অন্দার মেজোরনা সিফাই ২০০গা লোয়ননা লান চংলে। ইবুংশি অথিবু নিংথৌ শেমগদৌরমএ হায়দুনা কায়কএ। ২৭নি শগোনসেম্মা নোংমৈ ৫বক কাপএ। শৌরাইজমচা মেজোরগা মৈস্নামচা মেজোরগা ২মান-চিংনা চক্রথোংদা লান চংখিএ। অদু মুমিত্তা ইবুংশি মন্ত্রী শিএ। অস্রোগী চিংডাখম ১ লৈবোংথেম্দা লৈবা মুমথাইবমগী মাইবী ১—২মা কায়কএ। * ইরেংবম ফৌগাকচাও তাবরু নিংথৌ শেনগে তৌরমএ হায়দুনা য়েনখোইবা

* ইরেংবা থুন্নাংবগী লান অমিগী মরমদা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট সার জেমস জোনষ্টোন্‌না মতম অদুগী আসামগী চীফ কমিশনারগী সেক্রেটরীদা মখাগী অসুমা ইরম্মি—

No 2D, dated 25th January 1882

From—Lieut Col J Johnstone, C S. I., Political Agent.

To—Secretary to the Chief Commissioner of Assam

With reference to instructions conveyed in your letter No 1429 of 21st October 1881, I have now the honor to submit the following report regarding the attempted insurrection in Manipur, and the measures taken to suppress it.

2. It appears that towards the latter part of June last, a man by name Erengba, working for pay at the salt wells at Ningel in the south eastern part of the valley, told a Brahmin of Yairipok village that he had had a dream to the effect that he would become Raja of Manipur, and that when it proved true he would appoint him to be his chief cook, a speech which was at once reported to Tangal Major, one of the Ministers.

3. The man Erengba was, I should explain, a pure Manipuri of good blood, and though, through poverty, he had been obliged to take up a humble occupation, he claimed to be descended from a former Raja, so that on the face of it and judging by analogy, in former cases of pretenders to the guddi suddenly rising up, there was nothing in his claim to cause surprise in the minds of people accustomed to see rebellions headed by the most unexpected candidate for royalty

4 The next event of importance, and one which occurred almost immediately after the story told to the Brahmin, was an attempt on the part of Erengba to bring about the fulfilment of his dream by collecting a small band of men in the neighbourhood of the salt wells and appointing officers of state, according to the usual custom of leaders of rebellions in Manipur seeking the Guddee This force, if it may be so called, consisted chiefly of the inhabitants of the villages of Ningel, Chundrakhong and others in the vicinity, and certainly never numbered more than 200 men, if so many, miserably armed, there being few weapons among them better than bows and arrows and spears.

5. The news of the would-be rebels assembling, and the story told by the Brahmin, reached Tangal Major about the same time, viz, on June 23rd and the matter being reported to the Maharaja, the other Ministers Bularam Singh, together with Sameo Major, the Maharaja's maternal uncle, were despatched with troops to put down the insurrection, while Tangal Major remained with the Maharaja

6. As might have been expected the wretched people were soon dispersed, and on the 23rd and two following days many prisoners were brought in, while several including the ring leaders, were executed on the spot by order of the Maharaja.

7. Of the prisoners brought in, several are said to have been executed by Tangal Major without trial and without the orders of the Maharaja, and besides these it is alleged that several people, residents of the capital, were put to death summarily by the same officer, though it is hard to see how they could have been concerned in the emeute; their relations say that they were private enemies of the Major, and that, for this reason, he selected them for execution, but this is a charge which it would be exceedingly difficult to prove. It is certain, however, that at the same time the Maharaja was much displeased with his Minister for executing

men without trial as he did, but he is too much under the influence of Tangal Major to keep him long out of favour for an act of excess of loyalty.

Altogether 11 men are said to have been executed in the capital, their bodies being afterwards suspended on posts and exposed to the public gaze for several days

8. Among the men executed in the capital was an exile from Burmah said to be a scion of the ancient Pong dynasty, and known here by the name of the Pong Raja. This person took refuge in Manipur owing to his having committed some political offence in Burmah some ten years ago, and has since led a quiet inoffensive life. When the news of the emeute reached Manipur, he was told by a friend that he was suspected, and he immediately attempted to fly, but being caught, he was executed. It is probable that he owed his fate to the fact of his having come from Burmah, and the insurrection having taken place on the Burmese side of the valley, the two events having some kind of connection in the mind of Tangal Major, but the general opinion of the country is that he was innocent. The total number of persons executed was 18.

9. No resistance being made, the rebellion may be said to have been crushed as soon as it came to light on the 23rd June, and on the 26th the Maharaja's two eldest sons went out to Ningel for the ostensible purpose of quieting down the country, and they returned to Manipur with Bularam Singh, the Minister, and Samoo Major on the 28th.

This process of quieting down the country appears to have consisted of depriving large numbers of people of the gold ear-rings which every Manipuri which can afford it, wears, and bringing in numbers of men, women and children as prisoners; these unfortunates including women with babes at the breast, were kept in jail for weeks without the least necessity, and subjected, some say, to rigorous treatment, though this latter statement is not required to show the inhumanity of the proceeding. Of the prisoners some, only men, were severely flogged, and all eventually released.

10. The above is, I believe, a fair and accurate statement of this miserable business, the facts given are as I obtained them from both British subjects and Manipuris, and the impression left on my mind is that though there was an attempt at a rebellion,

মখোয়দ্ হাত্তুমা হান্থোমখীদা কৌএ। চিঙডাখদা পাঙিংডি অরোম্থোকপা হাত্তুমা কৌএ। ইমেংবা খোংলোন্দি চৌংমৈখোংদা হাত্তুনা কৌএ। ইমেংবা মোয়াঙম্বদি শাইখ্রোম্বী লমদো দা হাংডনা কৌএ। ইমেংবা পন্থোইবি ইরোইশেংবদা হাত্তুমা কৌএ। ভোইবীজাম্বা মিংলাঙদি লিলোংদা হাংত্থনা কৌএ। বাবেমা খম্বালম্বি বাংথৈ পুংজাঙদা হাংত্থনা কৌএ। খাদি নোং লংমাইচিংডা[১] পোং নিংথৌমচা অমা চন্দ্রলোম্বি সরোংখাইবা ১ অনীমক্ত

---

the danger to the Maharaja's Government by no means justified the harsh measures taken, I cannot say to put it down, for it collapsed immediately, but to make an example of the deluded creatures who were led astray.

Had I been here at the time I should not have allowed a single execution, but advantage was taken of my absence to carry out the old savage and immemorial custom in cases of the kind.

11. There can be no doubt that the Chief Minister, Bularam Singh, now unfortunately not so powerful as Tangal Major, disapproved of the wholesale executions at the capital while he was away, and so did the Maharaja, though as the latter did not stop them, the responsibility must rest on him

I think, however, that every one concerned is rather ashamed of the whole affair, but the excuse urged is immemorial custom in such cases which in his own territory The best argument in favour of severity, viz , the fact that if an insurrection once gains ground, it is all over with the reigning Raja, has certainly been proved in many cases, but in the present instance the Maharaja's long and well-established authority might have sustained ten such puny attempts to dethrone him, and had he and his ministers been just and generous, a few severe floggings and a plentiful amount of ridicule would have been more than sufficient.

Perhaps it is well for me to add that I have never heard it even suggested that Brengba had anything but a personal motive in raising an insurrection, such events in Manipur are common and by no means always brought about with a view to abolishing grievances, etc. but simply because one man and set of men wish to wrest power and office from another.

* Foreign Department Political A Progs - March 1882, Nos 137 | 42 Manipur affairs.

১। খাং ২৬।৩। ১৮৮১ ইং আষাঢ় ১৩।

চক্রখোংদা হাংতুনা কৌএ। নিংথৌ ওইগে ভৌবদা ইরেংবা থুনাংবা ১ নিংথেন হৈক্রুম্বাম্বা হজবা ১, থুনদাংবগী মচা ১—৩মা নিংথেম্ন হাংতুনা কৌএ। শিথোংগী নোংথোনবা হজবম্ শিথোংদা হাত্তুনা কৌএ। ইরেংবা সেনাপতি ওইগনি হায়বা ১ অঙ্গোগী মুংশুক কাবা ১ লেমু তংবা ১—অমম্মা অঙ্গোদা হাত্তুনা কৌএ। ইত্তেন থা নিংথৌকাবমা[1] হল্লে। অমু মুশিত্তা শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজনচিংনা শ্রীমনাও ইবুংঙো বাংথৈরাকপা ১—২মানা অঙ্গো থুন লেম্বা চথলে। চক্রখোং নিংথেম, ২মগী ইনবা পুরমাম্ মাওএ হায়হুনা মী ৩০ কারকএ। মেনখোইবা শতলেন লাকপা, থোইদাংবা জাত্রা, লোহ-তোংবা সুবিদার, হুইরোংবা যুপোলসিং মাখোম মসি যাওএ হায়হুনা বিজম্বা গাবোংতা কাহুমা থমএ অহুপা শুগুনা হাংলো হায়হুনা পীখিএ। ১নি লৈপাকপোকপদা শ্রীমচা ইবুংঙো ২য় থু লৈএ। ৩নি ইমশৈশদা অমাংদা থমানমিচাক মমৈ পানবা থোকএ। অমু মুমিত্তা নিংথৌ লেমএ হায়হুনা কাগংলকপা পুরমক ইবু ন্ম থিনা চিংনা লাংদ পখিএ। অমু মুমিত্তা অঙ্গো কাগংপা পুরমকসুং যৈহুনা থাদোকএ। অমু মুমিত্তা মাহকা বিযাম থৌবসুং হাংলো হাযহুনা পুখিরবদগী মা যাথং কননীংনা কাদোক্তা পীএ। ৫নি লংমাইজিদে[2] কমলাকান্তবু লোইদগী পুখংলে। ১২নি ঈরাইদা[3] ইত্তেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অমু মুমিত্তা চিংতাথমচা পুরনবু মত্রী হাপএ। মা ময়াদান মেজোমবু পুরনদা থিন্নোকএ। অমু মুমিত্তা নিংথৌলেম্বদা যাওবা পুরপা লোয়সিং ১ অম্বা থাবন ১ লাইক্র লপা মংগাম্বা ১ ইংনগবা মাইরং ১ কাংজম বোকুন ১ লেজবা অওনাং ১ পুরী হংবা লৈলৈ ১ লনাম শামু অওনাং ১ সনাবা খোম্বা কাদোক্তগী ১ ও ন মী ১৪ অসিদি চক্রখো দা থাবিনম থুমো ওহনখিএ। শামুরাইলাংপমগী বামোন অওংঞচান্দ্র চক্রখোংদা থাখিএ। অমু মুমিত্তা লকপ্রবা থুংলুম্বা ১ কোন্তৌ থুংলুম্বা ১ মযেংবা দেবচন্দ্র থুংলুম্বা ১ থাংজবা মবৈ ১ কাংজবা চিবা ১ মোহরাং তেলেন চপ্রাশি ১ ম্নানা শামু ১ শীরাইজমচা অকারি ওইবদা ১ থুমুতাম্বা হেনৌবা ১ লাইরবা চৈকোক ১ রাহথুং অতাংমচা ১ শামুরাইলাংপনগী থাগুরাইম ১ লোইতোংবম বাপু১—১১ অসি লোয়ননা বামোন ২মমং মতু মচাপা লোয়নমা নিংথেন কাইজমদা লোই থাখিএ। ২১নি লমাইচিদা শ্রীযুৎ মহারাজনা মমুংগী নিপা ৩২০

১। তাং ২৭।৩।১৮৮১ ইং। ২। তাং ৩।৭।৮৮১ ইং।

৩। তাং ১৫।৭।১৮৮১ ইং শ্রাবণ ১।

খজহ্‌না শ্রীগোবিন্দজী মাপোগ্তা বাশকহৃনা শ্রীযুৎ মহারাজনা কুমিৎ অতাওবা খোংগ্রাই য়েন্দুনা থ্রেপ ঙোঁএ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা বাবগাইদগী কৈ ৪ কায়এ। ২৬নি শগোনসেন্দা[1] শৌগাইজাবা মেজোববু পুগ্রনবা থিন্দোকএ। থবান থা মুমশকৈশনা হল্লে। ৬নি নিংথৌকাবদা[2] শনজেনবা পানজিবু শওলাকপা থিন্দোকএ। অহু মুমিত্তা লোংজমচা মেজোববু পুগ্রনবা থিন্দোকএ। চোংথামচা মুহোদোয়বু ভোগ মেজোর থিন্দোকএ। ১২নি লংমাইজিংদা মুহাবাইএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদগু মুহাহাইএ। ১৫নি ইমশকৈশদগু হাই। ২২নি লৈপাকপোকপদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থা শগোনসেন্না হল্লে। ২নিস্থং পাল্লে। ৫নি লৈপাকপোকপদা খা থোংগী হৈক্রু, পোবোইদা থৌনাওজমচা মচা ১ অহিং থৌবি মান্দুনা শিরমএ। ১৪নি ইমশকৈশদা শক্তিবাক্তা লুকম মুমহুনা মৈতৈ ১না হাও ১ চাংলে হাযহুনা ইমমাম মচা ১ গারোংতা কাবকএ। ১৭নি থাওজদা ময়াংদা শামু ২ পুশিনখিএ। ২৬নি ঈবাইদা লংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা থাওজনা[3] হল্লে। অহু মুংএখ্রা যংচবিবোকত্তা তুলিহন সিবাই মচা ১ ঈশিংদা ভাহনা শিএ। ৭নি ঈবাইদা হৈংনৌখোংনেম্বীদা লৈবা লুকাম লৈশাবী ১না নাইগ্রম মুপী মচা ১বু ঈশিংদা নংথুহনা চাংলগা মনাদগী মা লৌএ হাযহনা পুখৎলকএ। ১০নি নিংথৌকাবদা[4] চিঙ্গাখমচা মন্ত্রী শিএ। অহু মুমিত্তা মচা ইবুংঙো কভামগী থৌবাগী শাংগম চহু শিএ। ১৪নি শগোনসেন্দা কাংওবা মেজোর ময়ুং চৎখিএ। ১৭নি লংমাইজিংদা মনাক ইবুংঙো লংমাইথেম্বা নংথোং হজবা শিএ। ২৬নি থাওজদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি ঈবাইদা অংোম লৈকাইদা শ্রীযুৎ লেওহন কৈমু ১ কায়এ। অহু মুমিত্তা মুহাবাইএ। খানি নোং নোংমাইজিংদা ইবম সিকাইদা মিপা ১ শক্তিক কানবদা শিহনা লৈংমএ। হিয়াকৈ থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১৬নি ঈবাইদা[5] মপোন সাহেপনা বিবীনে প্রতাপকোমদগী শল লাবা ২ অমোম ২ য়াও ওগা লোয়ননা থুংলৈ। অহু মুমিত্তা শ্রী বিজয়া গারোংকী পুংহ মথম হৌবকএ। ২২নি লংমাইজিংদা মথাংদগী ভাড়ো সাহেপ থু লৈএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি লোনএ। ২৭নি ঈবাইদা কোজেংবা পোইজা ১ লৌযেম্বা শাজর ১ শিনাইবা

১। তাং ২১। ৭। ১৮৮১ ইং শ্রাবণ ৭।
২। তাং ১। ৮। ১৮৮১ ইং।
৩। তাং ২৪। ৯। ১৮৮১ ইং।
৪। তাং ৩। ১০। ১৮৮১ ইং।
৫। তাং ৪। ১১। ১৮৮১ ইং।

সুবিদার ১ মন্ত্রুং পোইলা ২০ লৈবাকী সিকাই ১০৫ অসি লোয়নহনা কবোরম লান চৎলে। অতো সাহেপসু মাপী সিকাই ২০ গা লোয়নহনা চৎলি। অদু সুমিৎ মুহারাইএ। ২৮নি থাওজদা[১] ওন সাহেপ থুংলে। সিকাই ৫০ মাওরকএ। থাশি নিংথৌকাবদা[২] দাক্তোর সাহেপকা চিংতোন সাহেপকা সিকাই ২০০গা লোয়ননা থুংলে। পোয়রসু থা লৈপাকপোকপমা হল্লে। ৬নি লংমাইজিংদা[৩] বিজুনী সাহেপ ১ থুংলে। অকোন সাহেপসু থুংলেএ। ১০নি ইমশকৈশদা[৪] পাথোর সাহেপ ১ থুংলে। অদু সুমিত্তা ভখেন পুংমৈবগী কোরিপুং শেগাইহনা অমুক তিংএ। ১২নি ঊরাইদা মহারাজগা সাহেপ ৩গা দরবার তৌএ। থানিন নিংথৌকাবদা মুহারাই। ১৬নি লৈপাকপোকপদা অৱাং পুকম হাওমা কৈ ১ কাবকএ। ১৭নি ইমশৈকশদা কংলাবী হাও মশেম তানা থিরহনা শিএ। থুংমাবদি কাহনা পুংংজবএ। ২০নি থাওজদা[৫] দাকতোর সাহেপ পুলবেন্দ্র সাহেপ মতু বীবীগা লোইননা শৌবাইজমচা মেজোর ওমক মৈতৈ সিকাই ২০০ সাহেপকী সিকাই ২০০গা ৪০০ অসি লোয়ননা অৱারম চৎলে। ১৪নি শগোমসেন্দা পোয়মুগী সংক্রান্তি হৌএ। কোংগাং থামা মনাক্তা ৫ঙোন থুংহল্লে। অদুদা কবে পুংত্রি ২ লাক্কুনা তেঙোন্দা রা ৩াৱৈএ তম হনখিএ। ২৬নি থাওজদা কং দংজ্ঞী কখো ওমাচিংমা লাইরিক পুহনা পাউ হনখএ। অদু সুমিত্ত শৌগাইজমচা মেজোরগা সাহেপকা লোয়নহন নো পোক লমগী লমমিয়া তুরেন লাক্লুনা চাংজাও লাক্লুনা লম য়েংএ। ২৭নি লংমাইজিংদা[৬] নোংচুপ লমগী চাংজাও ১ কাহনা লম য়েংএ। কোংগাংগী থুমখোংসু হোত্তহনা থুম তংএ চন্দ্রবাদি কৌএ। রাকচিং থা শগোনসেন্না হল্লে। ৭নি লৈপাকপোকপদা লোরেন্স সাজোরগা সাহেপ ১গা কবোরম চৎখিএ। তম্না পলেম তারকএ। ১০নি ঊরাইদা চশাংকী কোনয়াংনা হাও ১১ লাক্কুনা ঐথোয় মহৌশাগী শ্রীবুংকী মনাইনে হায়না থুরুমজরেএ। শৌবাইজাম্বা মেজোরমা অদুদি নখোয় মৈতৈ ঐথোয়গী লমদা তারো হায়না কাংনখমএ। ১১নি থাওজদা[৭] মুহারাই। থানিন লোং ইমশকৈশদা[৮] অৱাং চাত্রিক য়োনা সাহেপ ৩গা থোইসদা

১। তাং ১৯।১১।১৮৮১ ইং। ২। তাং ২১।১১।১৮৮১ ইং।
৩। তাং ২৭।১১।১৮৮১ ইং। ৪। তাং ৩০।১১।১৮৮১ ইং।
৫। তাং ১০।১২।১৮৮১ ইং। ৬। তাং ১৮।১২।১৮৮১ ইং।
৭ তাং ৩১।১২।১৮৮১ ইং। ৮। তাং ৪।১।১৮৮১ ইং।

পোইলাগা লোয়ননা চংথিএ। ১৫নি শগোলমেন্দা শৌবাইজমচা মেজোরগা সাহেপ ২গা অজো চীংথোংদা তিনলেন তুরেনগী নোংচুপ থংবদা নুং পৈছ্মা লম থায়এ। অদাং থংবদা মৈচৈ লমনে। মখা থংবদি মহারাণী লম ২০০দি ক্ষবো নখোংগীদি ছায়দা লম য়েন্নবমএ। চংশিবা সাহেপতি ৮ নে। ১৭নি ঈগাইদা[1] শৌবাইজাম্বা মেজোরনচিংবা খোইম্না পোইলা মাইখোমচা মাইবহনবা পাজিন্দী উক্তাশিং মাওনা মমম্নাং তুরেন মপান লোইবং খোংনাং মখোঙদা লাইরিক ইচ্চুনা নুং ১ য়ুংলমএ। ২০নি মিংথোকাবদা পুলবেস্ত সাহেপনে বীবীমে কপ্তান সাহেপক ৩মা অবাদা লম য়োংউবা থুংলৈএ। শৌবাইজমচা মেজোরগা সাহেপ ২গা ৩মা থুংলৈএ। ২২ নি ইমশকৈশদা কপ্তান সাহেপনা ময়াং সিফাই ২০০গা লোয়ননা ময়া চংথিএ। ২৪নি ঈগাইদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু মুমিত্ত সাহেপনা চঙক্তুমা শ্রীযুৎকা দরবার তৌএ। কাইরেম থা ঈগাইনা হনে। ৮নি ঈগাইদা মহারাজনা তাংলৌ তুরেন তৌবা কুমএ। ১০নি লংথাইজিংদা মহারাজগা সাহেপকা দোরবার তৌএ। তোপ ১১রক কাপএ। অহু মুমিত্তা পোলিটিকেল সাহেপনে বীবীমে কপ্তান সাহেপনে মাথোয় ৩মা ময়াং চঙ্‌লঁএ। অহু মুমিত্তা থৌবাগী অকোইত্তনা মচা ইবেম্মা পোকএ। নোংঙাল্লগা তম্না শিএ। ১৪নি লংথাইজিংদা[2] কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা লংথাইজিংনা হনে অহু মুমিত্তা সিফাই ২০০ লান চংথিএ। ৬নি ইমশকৈশদা মহারাজনা উরখোক্তা থোংনাং ১ থাম্নমএ। ৮নি থাঙজদ.[3] লিলোং কৈথেন থোঙ্গুনা মহারাজনা থেংনাং ৪ থাম্নমএ। অহু মুমিত্তা কোম্বংদা থুংলে। ১১নি নৈপাবপোবপদা[4] কমেশোন কৌবা সাহেপ ময়াংলগী থুংলৈএ। তোপ ১৩রক কাপএ। ১২নি ইমশকৈশদা সাহেপ ৪রক চঙলক্তুনা মহারাজগা দোরবার তৌএ। ১৪নি ঈগাইদা[5] কাংতবমচা মেজোরনা চিফ কমেশোন, ডাকতোর সাহেপ কপ্তান সাহেপ মাথোয় ৩বু অবাংলেম থিমজিনথিএ। ২৩নি মিংথোকাবদা[6] লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু মুমিত্তা য়োইবু য়োইহৈ কুমহনা লিলোং কৈথেম চোঙএ। শেনহুং চাই। তোপ কাপএ। অহু মুমিত্তা কোম্বংদা থুংলৈ। থাপি লংথাইজিংদা নাহাকপ কমপুদা কৈ ১ কায়। অহু মুমিত্তা কাংতবা মেজোরনা সাহেপ

১। তাং ৬। ১। ১৮৮২ ইং। ২। তাং ১২। ২। ১৮৮২ ইং ফাগুন ১।
৩। তাং ২৫। ২। ১৮৮২ ইং ফাগুন ১৪। ৪। তাং ২৮। ২। ১৮৮২ ইং ফাগুন ১৭।
৫। তাং ৩। ৩। ১৮৮২ ইং। ৬। তাং ১৩। ৩। ১৮৮২ ইং।

থিনদুবা থুংলৈ। শজিবু থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৫নি ঈরাইদা খোইরাম পোইলাগা অকোন স'হেপকা ২মা চাত্রিক চৎলুবা থু'লৈ। ১৩নি থাঙজদা মহারাজনা লিলোং থিংজেন য়েংবা কুমএ। ২৪নি ইমশকৈশদা[1] বিশু সংক্রান্তি ওই। ওইনাম পুর্ণোগী কুম শক ১৮০৪—২৫নি শগোনসেন্দা শজিবুগী পালোক ওই। ২৬নি ইর'ইদা ওকোন সাহেপ মযা' চঙখিএ। কালেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৩নি শগোনসেন্দা[2] মেলা হৌএ। ৭নি নিংথৌকাবদা মেলা লোমএ। ৮নি লৈপাকপোকপদ' কাংগী য়ুম্ন'মচা' মুবিদাবনা ময়াংদগী নোংমৈ ৪০৩ পুথোরকএ। উচি অঙাঙবা ১ অবাংবা ১—২মাম্বং য়াওরকএ। ২৪নি শগোনসেন্দা মচা ইবুংচো বত্তান থাঙ্গদগী কৌথংলে। অহু জুমিত্তা কৈবাওদা লৈবা শাকংবা থৌরী য়ান্দুনা শিএ। ২৭নি ল'মাই'জিংদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থাশি নো' ইমশকৈশদা[3] জুম্বিৎ শানা কঙএ। ইংঙা থা শগোনসেন্না হল্লে। ৬নি লৈপাকপোকপদা য়াথন্দগী কৈ ১ কায়। ১৮নি লংমাইজিংগা অবাং যুম্নাম খুনৌদগী কৈ ১ কারকএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা অশৈ লোকলেন্দগী চোইরাংথেম মচা ১ ইরোইনা হাইদুনা শিএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা সিনামচা অবাং পুবেন জিতেন্দ্রোসিংবু মহুৎ হল্লি, হনদে থিনবদা মবুথৌ হাকতঙ্কা বুজা হপ্পা চুংখ্বাব থাদবু মহুৎ হল্লমএ। মাইবা শঙলেন্দা খুমুজাম্বা পণ্ডিৎ অচৌবা চক্রবা হিদং পুম্নমা শ্রী৺ ভ ইবুংহো খ্বাইবাকপা শিনাইবা হজবা মযা'ডম্ব উবোইবা, খুৎইন' হজ্রনা অহা'ঙ্গম্বা হুমাইরোই হজবা অসি থাওনা বিচার তৌনবদা মহু' হনবনা চুনএ হায়দুনা শেন লখা[4] ১ হাইখিএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা নো' চুদে হায়দুনা শ্রীগোবিন্দগী মান্দা শনবি ১০৮ শংগোং চুং৫এ। ২৯নি ইমশকৈশদা ইঙগী সংক্রান্তি হৌএ। ইংঙল থা ঈরাইনা হল্লে। ৩নি ল'মাইজিংদা[5] শ্রীগোবিন্দগী মাঙদা বামোন ৮না শ্রীভাগবত থিএ। ১৪নি ঈর'ইদা শ্রীযুৎ স্না য়াথং হায়দোক্নুনা শ্রীমত্ত ইবুংহো খ্বাইরাকপা খুমুজমচা পণ্ডিৎ অচৌবা চক্রবা হিদং পুম্নমক্কা শিনাইবা থিবা ইরোম থমলাংবা শঙবদি লাইফোয়থনে থুং মত্তে হায়দুনা মাইবা শঙলেন্দা বাথৈখিএ। থানিন মোং থাঙজদা[6]

১। তা' ১২। ৪। ১৮৮২ ইং, চৈত্র ৩১, চৈরাউবা।

২। তাং ২০। ৪। ১৮৮২ ইং।

৩। তাং ১৭। ৫। ১৮৮২ ইং পূর্ব গ্রহণ দিবা ১৮। ৫০ পলে স্পর্শ, ২১। ৪৫ পলে মোক্ষ

৪। শেন লখা অমা—শেল মথাম চানীপাল।

৫। তাং ১৮। ৬। ১৮৮২ ইং। ৬। তা' ১। ৭। ১৮৮২ ই'।

থৌবান তোম ঙম্বা শেঙ্গাং য়ারা পিএ। ৪নি থাওয়ানা[1] কাংথবমচা মেহোৎসবা সিকাই ৭৫ লোয়নখৎনা কোংগাম্বা লাম চৎলে। ৭নি লৈপাকপোকপদা[2] শগোল য়াইশা পিএ। থানিম নোং ইয়শকৈশদা[3] কাংথবা মেহোৎসব থুংলৈএ। ২৩নি ইরাইদা শরাইলেন পাই। ২৫নি থাওয়ানা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থা শগোলসেল্লা হল্লে। ১১নি নিংথৌকাবদা কবো চৈকায়দা লৈবা মঙেংবম মচা ১ উদা য়াম্নুনা পিএ। ১৪নি শগোলসেন্দা[4] কাংথবা মেহোৎসবদা লাইমতোম্বা লম্বী লেপ্পা চৎলে। ১৯নি লৈপাকপোকপদা থুংলৈ। ২৭নি থাওয়ানা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা থাওয়ানা হল্লে। ৯নি লংমাইজিংদা[5] মাইবমচা থাকম লাকপা পিএ। ২০নি শগোলসেন্দা[6] কোনোকপু ওয়াহংগী দান চাগদবু য়াদহনা কোনোকনী য়ুমদা লৈথেংনা চঙলবদি লোই থাগদি বাবোয়া চঙলবদি কোনোক ওইবনগদি হায়দুনা কৈথেল্দা শানু তোংহনা পাউচেল্লে। ২৭নি শগোলসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থা নিংথৌকাবনা[7] হল্লে। ১১নি ইয়শকৈশদা জর্জেল সাহেব থুংলৈ। ১৭নি ইয়শকৈশদা লাংজিংদা য়ুয়োম মচা ১ হংক্রোম মচা ১ বাইথোম মচা—৩ মানা মচা ইবুংঙো কপান শাহনা চপ্রা হেকলমহনা কাবকএ। ২৭নি ইরাইদা কৈথেল্দা শগাই শাহনা কৌএ। ২৮নি থাওয়ানা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিন্থা পাওনগী লুট তৌই হায়হনা থৌনাওজম মচা ১ বামোন অমিবম মচা৮ বামোন শায়ুরাইলাংপম মচা৯ বামোম অনৌবম মচা মথোই ৫মা কাগৎলকএ থৌনাওজম মচাদি কাদোক্তা পীএ। বামোন অমিবম মচাদি কমেংদা লোই থাই। বামোন শায়ুমাইলাংপম মচাদি ককচিং থুনৌদা থাই। অমিবম মচাদি চাইরেল্দা থাই। অনৌবম মচাদি ককচিং থুনেল্দা থাই। পোয়চু থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২নি ইয়শকৈশদা অতাং হিদেল্দা চিংগাংবা আমোম্বামবু হাংপা হাও অহু হইব্রাওবীদা হাংলে। ৫নি লংমাইজিংদা সমলাংগী নুরাং থুগ্রাকপনা শ্রীযুৎতা শেনবুং ১ কৎলে। ৬নি নিংথৌকাবদা হুৱায়াই। থুগ্রাকপা লাম্নুপচিংবগী মথুক্তা কংলৈপোন লৈরম্বু শ্রীযুৎ মা মাঙদা চায়এ। ১৬নি ইয়শকৈশদা বাহেংবম নিংতোল ১মা বামোন শিকওক

১। তাং ২৬। ৭। ১৮৮০ ইং। ২। তাং ২৯। ৭। ১৮৮০ ইং।
৩। তাং ৬। ৮। ১৮৮০ ইং। ৪। তাং ৪। ৯। ১৮৮০ ইং।
৫। তাং ২৮। ৯। ১৮৮০ ইং। ৬। তাং ৯। ১০। ১৮৮০ ইং আশ্বিন ২৪।
৭। তাং ২০। ১০। ১৮৮০ ইং।

পুংশিনবি। অহু হুমিদা শৌবাইজমচা মেজোরনা লাইঞ্জবা[1] মেজোর সিপাই ৬০০ পা লোয়নদুনা অর্বর লম য়ানবা চৎলে। মেরা থা নিংথৌকাবদা হুলে। লোংবা লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ গা য়াথং চৈথাপকী মনাও ইবুংঙো যুবরাজ ইবুংঙো অচৌপানবা অওবা পুরমদা কমদৌ থুমলাকপম মচা কঙো কারদুনা গা থাথং মতুং ইন্না কনখিএ। ৬নি শগোলসেন্না অকোইজাম্বা সুবিদারমচিনা সিপাই ৬০০ লোয়নদুনা হুংকোতাং থুগাইরে হাকদুনা লাল চৎলে। ৭নি নিংথৌকাবদা[2] মরাংদগী লাল লাকএ হায়দুনা লোংমৈ এরক কাপএ। ইকংবা মেজোর, শংথুবা পোইনা ২মচিবা ম্রৌয়াংঙেক্তা শোকনেএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা ইবুংঙো কথানবু সেনাপতি হাপএ। অহুগা য়ানচিংবা মনাও ইবুংঙো শামু হজবা মচা ইবুংঙো বাংথৈবাকপা, চোংথা মেজোর চোংথা পানা হাজারী এমা লাল চৎলে। ম্রৌয়াংঙেক্তা শোকনেএ। লাল ৩০ কারকএ। ১০নি শগোলসেন্না মনাও ইবুংঙো যুবরাজদা লাইথুম পীএ। মনাও ইবুংঙো সেনাপতিদা তারিখুম পীএ। মনাও ইবুংঙো শামু হজবদা কুনজং পীএ। মচা ইবুংঙো বাংথৈবাকপা কাংজবা মেজোর ২মাতা লৌ পরি ৪ লুপা কাইনেন পীএ। মাইপা মেজোরদা লৌ ৩ কিয়াল ৯ চোংথা মেজোরদা নিংথৌকি শাইজোমবা কিয়াল ৫ ইকংবা মেজোরদা নিংথৌকি শাইজোমবা কিয়াল ৭, বাংথৈ পোইনাদা নিংথৌকি শাইজোমবা কিয়াল ৫, কোজেংবা সাজোরদা নিংথৌকি তাজিম, খিজুজাম্বা সুবিদারদা নিংথৌকি তাজিম, মাইম্বা সুবিদারদা নিংথৌকি তাজিম কিয়াল অকাংবা সুবিদার নিংথৌকি তাজিম, অকোইজাম্বা সুবিদার থায়েন চৎপা কুম্বিং কিয়াল, লাইরাকপা সুবিদার নিংথৌকি তাজিম, হাওবম সুবিদার নিংথৌকি তাজিম কিয়াল, হৈরুজাম্বা সুবিদার নিংথৌকি তাজিম কিয়াল, হাওবম সুবিদার নিংথৌকি তাজিম কিয়াল, লাইতোন সুবিদার নিংথৌকি তাজিম কিয়াল, মাইবা জমাদার নিংথৌকি তাজিম কিয়াল, উশবা জমাদার নিংথৌকি তাজিম কিয়াল, বাঙেমা খুং নিংথৌকি তাজিম কিয়াল অসি পীএ। অতৈদি মখিক লেংনা কিয়াল পিবা গা লৈথাব পিবা, লুপা লৈথাব পীএ। ১৩নি লংবাইজিংদা[3] ইবোইশেমদা কাংথদা ওনদুনা কানখালাম্নি গা বোমাচাওবু থুংহৈবা

1। লাইঞ্জবা মেজোর—বুড়াবাবু মেজোর।
2। তাং ৪। ১০। ১৮৮৩ ইং।
3। তাং ১০। ১০। ১৮৮৩ ইং আশ্বিন ২৫।

মচা ইবুংঙো বাংথৈবাকপগী[1] কাপনৈএ। লাইশ্রবা তক্কং খুম্বিদাব নোংমাইথেম্বা লেবাম বামন ১ থাংজম ১ পিএ। অহিং অচুদা চিরাই থোজদা কাপনবদা থিজুরম ১ নাওরেম ১ থিলোম ১—৩মা তুই। কংলাদা কাপ্লবদা কোংজে যম ১ থ্যাংজম ১ মাইবম ১ কৌগেশংবা ১—৪মা তুই। ইবুংশি খুরাই-লাকপগী মচা গোপাল, মনাও ১, ইবুংশি কোমবমৈ অপাবগী মচা, ইবুংশি শায় হজবা মচা ১ চিঝাইদা তুই। ২৬নি লৈপাকপোকপদা মচা ইবুংঙো বাংথৈবাকপা ইবুংশি মৈপাকী মচাগা চৈতাপ মমাওগী থোজদা তুই। থাগি থাওজদা লাংবনগী সংক্রান্তি চৌএ। থেবা থা নোংমাইজিংমা[2] হল্লে। ১৩নি শগোমলেম্মা[3] ইবুংশি যোগেন্দ্রসিং[4] লাকএ হায়রুনা নোংমৈ এবক কাপএ। অহু হুমিত্তা লৈতা থেজোর লান হানবা চৎলে। ১৩নি ঈরাইদা সাহেপ ১ মচিংবা সিফাই ১০০ লান পাংবা চৎলে। ১৫নি নোংমাইজিংদা ছুলিয়াইমা থেজোর লান চৎলে। ১৬নি নিংথৌকাবদা মনাও ইবুংঙো সেনাপতিনচিংবা[5] সিফাই ২০০ গা লান চৎলে। ১৭নি লৈপাকপোকপদা চাইপা খুল্লা সাহেপকী সিফাইগা শোক্লবদা সাহেপনা ঙমহনা ইবুংশি যোগেন্দ্রসিং তুই। ১৮নি ইরুশকৈশদা মনাও ইবুংঙো সেনাপতিনচিংবা পুন্নমা থুংলৈ। কাবকপা লাগি ইবুংশি আথিগী মচা ১ বামন ১ মৈতৈ ৫০ পাওম ২ কারকএ। অশিবা ১৫নি। ২০নি ঈরাইদা ইবুংশি আথিগী মচানচিংবা মী পুন্নমা মরাংদা পুশিনখি। ২৪নি লৈপাকপোকপদ শ্রীবুংনা শেন কৈথেল্দা চাই। হিয়াঙৈ থা নিংথৌকাবনা[6] হল্লে। অহু হুমিত্তা থেবাগী সংক্রান্তি চৌএ। ৩নি হুম-শকৈশদা থাংজম মচা চোইবাং নিংথৌগী সিংহাসোনগী মখান থোকাইগা চৌএ। অহু হুমিত্তা তোনজম মচা নাচৌ থাজম লাকপগী থাব খুন্না থোইবা ওইখি। শ্রীবুং পা মাওদংং তোপ শাবোংতুহু চৈরাপুহু মাইবা শওলেনহু লাথৈএ। অহু হুমিত্তা গোশাইদা শ্রীবুংনা লুপা ২০০ পীখিএ। ১৩নি ঈরাইদা

১। মচা ইবুংঙো বাংথৈবাকপা—চিনাচন্দ্র ; লাবন্তচন্দ্র মহ মাওগী মচা ইবুংঙো কৈফা মনাগী মচা ইবুংঙো শাজৌবা সেনাপতিমা ওাংবম চন্দ্র উথেথবী পায়রুনা চিনাচন্দ্র বাংথৈবাকপগা মাথপাকনদাগা মচা ইবুংঙো অমী পোকই।

২। তাং ১৮। ৯। ১৮৮৭ ইং। ৩। তাং ২৯। ৯। ১৮৮৭ ইং।

৪। ইবুংশি যোগেন্দ্রসিং—ইবুংশি চিবাগী মচা নিপা।

৫। মনাও ইবুংঙো সেনাপতি—টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ।

৬। তাং ১৮। ১০। ১৮৮৭ ইং।

২৯নিদা থংলৈ। মাগি মুয়শকৈশদা[১] থিও সংক্রান্তি ওই। নাওহিয়া শাক্তৌমী কুম শক ১৮১০ শজিবু থা শগোলসেম্মা[২] হয়ে। ২৭নি কিংথৌকাবদা[৩] শ্রীমতি মহারাণী চাবোক বাজোন ক্লৌএ। কালেন থা থাওজা[৪] হয়ে। ২নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি ওই। ২১নি শগোনসেম্মা মুহারাই। ইঙা থা নোংমাইজিংবা[৫] হয়ে। ৫নি শগোনসেম্মা ইঙগী সংক্রান্তি ওই। ১১নি লৈপাকপোকপদা লাইথুরেম্বীদা যেকম ১ মক্তোন থোকুম্বা কংলৈএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা চাওজোংবনগী শিনাইবা পুখংলে। ২৬নি মুয়শ-কৈশদা মপা ইবুংঙোনা তেকচমদা লৈবা নিংথৌ শাগৈবু সাহেপতা চঙএ হায়দুনা ইহোকএ। শ্রীবুংনা অবুক লৌখংগীএ। ইঙেম থা লৈপাকপোকপদা হয়ে। ৬নি নোংমাইজিংদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ ৯নি লৈপাকপোক-পদা মবুথৌ পাখংবদা ঈ তাই। ১০নি ইয়শকৈশদা শঙাইলেন পাই। ২৬নি ইরাইদা[৬] মহারাণীনা থুমজাওদা মচা ইবেম্মা পোকএ। থবান থা মুয়শকৈশনা[৭] হয়ে। ৬নি শগোলসেম্মা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬নি নোংমাইজিংদা পাৎচদা থম্বা শলাম নিংথোল ১ মচা ১ পোকএ। লাংবন থা ইরাইনা[৮] হয়ে ১৩নি লৈপাকপোকপদা মুহারাই। অদু হুমিত্তা উচিহৌদা লৈবা পাওমা পাতন ১ হাংলে হায়দুনা পুংংলকএ। ২১নি শগোলসেম্মা শমজেনবা পাম্বি শঙ্গাকপা লিএ। ২০নি শগোলসেম্মা পাতন চাংপা অহুম্‌ থম্‌দা থাই। অদু মুমিত্তা লাংথবাদা সাহেপন শন ১ লাইনক কাপখুই। ১৪নি মুয়শকৈশদা থাওবা অওবাব মে জাবনা থান। চিঙাই হাংপ মাও থূলেনগী হাথা থুম্মাকপনচিংবা হাও ৮ চিংজবে ই থুনবীগী ইশোন, পুম্মাকপন-চিংবা হাও ৮শি পুমকপা থংলৈ। ১৯নি কিংথৌকাবদা মরাংগী পেপাম থোকলকপবু থুংহনবা হায়দুনা কৈথেল্দা পাও চেন্নে। সেম থা থাওজা[৯] হয়ে। ইরুংবা মেজোরদা কিথান ৯ পীএ। লাইপ্রবা সেংজাদা নিংথৌকি শাইজোনবা পীরে। শংঙবা পোইলাদা কিবাল ৫ পীয়ে। নিংথৌথোংজা পোইলাদা কিবাল ৩ পীএ। চোংথা পানা হাজারিদা কিবাল ৫ পীএ।

১। তাং ১১। ৩। ১৮৮৮ ইং চৈত্র ৩০ চৈরাওবা।
২। তাং ১২। ৪। ১৮৮৮ ইং।
৩। তাং ৭। ৫। ১৮৮৮ ইং।
৪। তাং ১২। ৫। ১৮৮৮ ইং।
৫। তাং ১০। ৬। ১৮৮৮ ইং।
৬। তাং ৩। ৮। ১৮৮৮ ইং।
৭। তাং ৮। ৮। ১৮৮৮ ইং।
৮। তাং ৭। ৯। ১৮৮৮ ইং।
৯। তাং ৬। ১০। ১৮৮৮ ইং।

থৃংহৈবা শাজো কৈরংবদা মিংথৌ কি তাজিন পীএ। পুরনবা জয়াপায়বা নিংথৌকি তাজিম পীএ। অথোকপা পুকচাৎ লাম্নুপচিংবদা নিংথৌকি তাঁজিম পীএ। কৈরং লাম্নুপচিংবদা নিংথৌকি তাজিম পীএ। কৈরা অওপায় মেজোরদা কিরাল মামবা পীএ। লোংজাম্বা লাম্নুপচিংবদা কিরাল ৫ পীএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা মেরাগী সংক্রান্তি হোৌএ। কিরাচৈ থা নিংথৌকাববা[১] হল্লে। ৩নি লৈপাকপোকপদা শিপোং কাংবুন ৭,৩৭৪ হায়হুনা চোংথামচা অয়াপুরেন মেজোরদা সিকাই ২০০ লোয়নহুমা লান চংলে। ১২নি শগোলসেন্দা হিয়াংগী সংক্রান্তি ওই। ১৫নি ঈবাংদা চোংথামচা অয়াপুরেন মেজোরমা লান চংপা থুংলৈ। ২৫নি বুমন্দৈপদা শগোম য়াইশা পিএ। পোয়ম্থু থা লৈপাকপোকপদ[২] হল্লে। ৭নি নিং-থৌকাবদা মমাও ইবুংঙো সেনাপতিনচি না, শগোল হজবা, য়াইম্বা মেজোর, চৌংথা মেজোর সিকাই ১০০০ লোয়নহুনা লান চংলে। ১৫নি থাংজদা পোয়হুগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি শগোলসেন্দা মমাও ইবুংঙো শায় চকথগা মনাই কেতি লামুপচিংবগা মপু মনাই নিংতাই জৌনহুনা লোয়ি লামুপ-চিংবনা হোগাইবী থোংদা ওইনা সুবিদারগী লাল থমবু পায়হনা চেল্লে। মমাও ইবুংঙো য়াওবা তায়হুনা অতোয় লাইকম লাকপগী মনিংদা কাহুনা কাদোক্তা পীএ। ১২নি থাংজদা পোয়হুগী সংক্রান্তি হৌএ। য়াকচিং থা বুমন্দৈপদা[৩] হল্লে। ৪নি থাংজদা মমাও ইবুংঙো সেনপতি-চিংবা চদাংহ নাকথা থুংলৈ। শেনবুং ১ শায় য়য়া ১ তোংহ নিংথৌমচিংবা লান ২০ কাবকএ। লুপা ৮০০ পুরকই। ৭নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজনা মথুথৌ বাংথলেন্দা নাই কুংগা ১ কংলে। ১০নি ঈবাইদা মচা ইবেম্মা তমকা ম্মা পিএ। ১২নি নিংথৌকাবদা য়াকচিংগী সংক্রান্তি ওই। কাইরেন থা ঈরাইন[৪] হল্লৈ। অহু হুমিত্তা কংলংথা য়োং ১ চঙএ। কাহুনা তথুদা থাই। ৯নি থাংজদা মহারাণী চান্দম মচা ১ মঙবোং তৌনা গোবিন্দগী মফিহদা থুংলৈ। ১১নি নিংথৌকাবদা তাওবুংথোক উসংদা থাইরেম মচা ১ উঁদা য়াম্নুনা পিএ। অহু হুমিত্তা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি ঈরাইদা সোইবম মতৈ মমাও সাহেপতা কমদোয়মচা চুপী ১ থোংএ হায়হুনা হাও ওইহনখিএ। সাহেপতা ওংবীগী মমাবু হৈরাংলোইথোং কৈথেল, মোইরাংথোং

১। তাং ৫।১১।১৮৮৮ ইং। ২। তাং ৫।১২।১৮৮৮ ইং।
৩। তাং ২।১।১৮৮৯ ইং। ৪। তাং ১।২।১৮৮৯ ইং।

কৈথেল, খুৰিবম কৈথেল অচৌবা এমদা শগাই শাহুনা কৌএ। লমতা থা থাঙজনা[1] হল্লে। ১১নি মুমশৈকপদা[2] শ্রীযুৎনা চপাৎ, তোংহ নিংথৌবা থাবেন চৎপ মূ রং পিহুনা মথুম্না থাজিনখি। অহু হুমিত্তা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১মি থাঙজদা[3] শ্রীযুৎ লেংহুনা থাংবৈবদা পুখ্রি ২ তৌএ। অজিবু থা নিংথৌকাবনা[4] হল্লে। ৭নি লোংমাইজিংদ মনাও ইবুংঙো সেন্নাপতিনা অয়াং হাও মাকবা চংলে। ১১মি ঈবাইদা[5] বিত সংক্রান্তি ওই। পুরাং-শংবা গোরশী কুম শক ১৮:১—১২নি ঈবাইদা শজিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি লোংমাইজিংদা[6] থাদা খবানমিচাক চঙএ। ২৭নি থাঙজদা লোংজাবা হুবিদাবমচিংমা সিকাই ১০০ লোয়নমা লোংচুপলম কাম তানবা চংলে। কালেন থা মুমশৈকপনা হল্লে। ২নি শগোনসেন্দা[7] লোবাইজাম্বা মেজোৰ[8] শিএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি শগোনসেন্দা[9] মহারাজগা সাহেপকা লোয়নবা হৌএ থাশি মুমশৈকপদা[10] থাংবৈবদা পুখ্রি তৌএ। ইঙা থা শগোনসেন্না হল্লে। ১৩নি লৈপাকপোকপদা মনাও ইবুংঙো সেনপতি হাও চংলুবা থু লৈ। ১৬নি ঈবাইদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা[11] মুংজেং অপিশাদা টনিং বাওনা চাওখৎলে। ২৭নি লৈপাকপোকপদা মহারাণী থুমন পোকপা থুরুবা চংলে। ইঙেন থা শগোনসেন্না হল্লে। ১৩নি শগোনসেন্দা[12] থাদা খবানমিচাক চঙএ। থানিম ঈবাইদা থা শামা কংএ। ২৪নি লোংমাইজিংদা হৈঙাংদা লমাবা হৈকৰ ঈশিংদা তাহুনা শিএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা লাংথবান পুখ্রিদা এমশেনবম মচা ১ ঈশিংদা শিএ। থবনম থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ২২নি লোংমাইজিংদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৪নি ঈবাইদা

---

১। তাং ২।৩। ৮৮৯ ইং। ২। তাং ১০।৩। ১৮৮৮৯ ইং

৩। তা° ২০।৩। ১৮৮৯ ইং চৈত্র ১১ ৪। তাং ১।৪। ১৮৮৯ ইং।

৫। তাং ১২।৪। ১৮৮৯ ইং চৈত্র ৩১ চৈথাবা

৬। তাং ২১।৪। ১৮৮৯ ইং বৈশাখ ৯

৭। তাং ২।৫। ১৮৮৯ ইং বৈশাখ ২০

৮। বলরামসিং জেনারেল।

৯। তাং ২০।৫। ১৮৮৯ ইং।

১০। তাং ২৯।৫। ১৮৮৯ ইং জ্যৈষ্ঠ ১৬

১১। তাং ২৫।৬। ১৮৮৯ ইং। ১২। তাং ১১।৭। ১৮৮৯ ইং।

শঙাইশেন পাই। ১২দি ঊবাইদা[১] কৌ শংবাই ১দা শেন ৯০০০ ম্নোরবদা শ্রীযুৎনা শেন ৫০০০ কতুমা তাইহল্লে। ১৭দি য়ুমশকৈশদা[২] ক্রোমসম থাংমৈবন্দ তাবদু নিংথৌ শাগৈ ওইহনবিএ। '২২দি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি ওই। ২৮নি নিংথৌকাবদা[৩] শ্রীযুৎনা লৈপাকী অশোন-অনা পুম্নমা কৌ ন্নেনবিএ। থাশি লৈপাকপোকপশা শন্নাংথেমচা পঙিৎ অচৌবা শিএ। মেরা থা শগোলসেম।[৪] হল্লে। অদু মতমিত্তা লাইথুবা শাজৌ পঙিৎ অচৌবা ওই। ১১নি থাঙজদা য়ুহারাইএ। থাশি য়ুমশকৈশদা মৈদিংঙু মনিক চুংলেন খোম্বগী[৫] মচা ম্নাজাওবা ১ লোইতাম চহুনা পোকপা ম্নাজাওবা ১ য়ুম্নাবা জাত্রা ১, অশাংবা মচাহন বামোন মশোহোর মযুমগী অঙাংবদু চিংত্তবা থাবন মাইম্না শেলুংবা মখোয় অসিমা নিংথৌ শেমগে তৌরমএ হায়রহুনা কাহনা গারোংত্তা পুথৎলকএ। ১৬দি শগোলসেন্দা য়ুহারাই। ২২নি ইমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬নি লংমাইজিংদা ইবুংশি খ্রাইরাকপা শিএ। হিয়াঙৈ থা ঊবাইনা হল্লে। ২৫নি নিংথৌকাবদা[৬] শ্রীযুৎ লেংহুনা থাংজবা মোইরাং নিংথৌগী মংঙোপ হোঙএ। পোয়রু থা নিং-থৌকাবদা হল্লে। অদু মতমিত্তা শ্রীযুৎনা ম্না মাথং লমাই ইম্ফাল থারও হায়রহুনা তোপ গারোংকী নোংথোনবা লেজোই লালুপচিংবা, খোকচাও দয়ানিধি, শান্নংবা ৩মা কুমহুনা বাইখোং খোংনাদো মুঙ কুংহুনা মখম্না ইম্ফাল মশানা লোবাই অহুদগী বাশীখোংবা, অহুদগী পোমোকশোবী, অহুদগী মীবেপ-পুং অহুদগী কোংবা লাইকম অহুদগী খোম্বিতোক, অহুদগী মন্ত্রি-খোংনাংগী বাংমা চুম্ব্রু খোং মথে, অহুদগী ইয়োইশেম্বা চীংজিন অহুদগী মোইরাং হম্নুবা, লাংথবাম খুজোম, অহুদগী বাইখোম খোংনাং তাইএ। ২৩নি লংমাইজিংদা পোয়রুগী সংক্রান্তি হৌএ। বাবচিং থা নিংথৌকাবদা[৭] হল্লে। ৩নি ইমশকৈশদা চশাং তোংহু নিংথৌনা শামুগত্তা মউন ১ কৎলৈএ। ১১নি ইমশকৈশদ[৮] ললহাম্নুংমে. লাজোংম্নে ২মা খোংএ। ১৪নি লংমাই-জিংদা[৯] মৈদিংঙু মনিক চুংলেনখোম্বগী মচা ম্নাজাওবমা নিংথৌ শেমগে

১। তাং ৬। ৯। ১৮৮৯ ইং। ২। তাং ১১। ৯। ১৮৮৯ ইং।

৩। তাং ২৩। ৯। ১৮৮৯ ইং। ৪। তাং ২৬। ৯। ১৮৮৯ ইং।

৫। মৈদিংঙু মনিক চুংলেন খোম্বা—মহারাজ চাকা তাবা লেবেন্দ্রজিৎ

৬। তাং ১৮। ১১। ১৮৮৯ ইং। ৭। তাং ২৩। ১২। ১৮৮৯ ইং।

৮। তাং ১। ১। ১৮৯০ ইং। ৯। তাং ৫। ১। ১৮৯০ ইং।

তৌরমগা হায়রদুনা থাজদা লোই থাইএ। ১৮নি শগোনসেন্দা[1] মনাও ইবুংগো শায়ু হজবনচিংনা অরাংলমদা শায়ু তানবা চৎলে। ২২নি নিংথৌকাবদা থাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি ঈমশকৈশদা থব সাক্লেপ খিবোহৈ চংখি এ। কাইরেন থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৭নি নিংথৌকাবদা কুংচাইপান্দা হাও হাংখি হায়রদুনা অহন্বেম্বা সুবিদারনচিংনা সিকাই ৫০ লান চংখিএ। ১৩নি লংমাইজিংদা[2] মনাও ইবুংগো শায়ু হজবা কাংজবা যেক্কোয় ২মনচিংনা শায়ু তানবা থুংলৈএ। শায়ু ১১ কায়কএ। মোইরাং শাখি কোমজ্রেক-পোকপিদা লমশাগা যাথিরদুনা পিএ। ১৬নি শগোনসেন্দা ককচিং থুলেন্দা মগ্নাংলখম মুণী ১ থৌরী য়াম্নুনা পিএ। ১৮নি থাওজদা[3] তোপ গাযোংতা শ্রীযুৎ লেংথোক্কুনা থোরবায় তৌএ। ২০নি নিংথৌকাবদা শগোন য়াইশা পিএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা হাওবম মরজা লৈবা পোৎশংবমগী মতু ইবেংবমচা স্নাথোম্বনা লাহৈ হায়রদুমা গাযোংতা পোৎশংবু পুথংলকএ। ২২নি ইমশকৈশদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা শগোনসেন্না হল্লে। ১৭নি থাওজদা য়ুহারাইএ। ১৮নি লংমাইজিংদা শ্রীযুৎস্ব পৌবাইজাদা যেক্কোরগী কীর্ত্তন লেংএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা য়ুহা ২রক হাই। ২১নি শগোনসেন্দা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি ইমশকৈশদা[3] বাজি আনন্দ-দাসনা গদাদগী রাধা য়ুগোল[4] পুহনা থুংলৈএ। শজিবু থা ঈরাইমা হল্লে। অহু মুমিত্তা য়ুহারাই। ২নি থাওজদা[5] লাইথুরামচা বাবু শ্রীযুৎকী উশিন শিনখিএ। নিংথেমনা লুপা ১০ পীখিএ। পোৎশংবগী মতু লারবা ইবেংবদি পিএ। পোৎশংবগী মতুদি কৈথেল্দা থুলোইহৈ। মাইব্যা মুবোনগী কুম শক ১৮১২—২৪নি লংমাইজিংদা[6] শজিবুগী পালোক ওই। কালেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১৩নি ঈরাইদা কোম্বা অচাম্বিকৈদা শোইবমগী মুমদা মপুজি মরাদা ফিবুল নমহুনা পোৎ তখিএ। হবা মীদি লোংজম লৈথম, শমজেংশাবা লৈম্নো, মোইরাং মচিন মনাও ২। ৪ নে, মোইরাং মচিন মনাওদি কাদোক্তা পীএ। ২দি কথোদা চেনখিএ। ১৯নি শগোনসেন্দা পৌবাইজম থচা ১ শঙম তৌএ হায়রদুনা যোম্বি থমএ। ঐ শিরগে হায়রদুনা থাং পাইদুনা চোংথোকলকএ। মীরায়া কোরহুনা লৈমপোকপা অওন্দারনা কাই। ২৪নি

১। তাং ৯। ১। ১৮৯০ ইং। ২। তাং ১৯। ১। ১৮৯০ ইং।
৩। তাং ১৯। ৩। ১৮৯০ ইং। ৪। তাং ২২। ৩। ১৮৯০ ইং।
৫। তাং ১৩। ৪। ১৮৯০ ইং শিনহেনবা হুখিৎ।

লৈপাকপোকপদা গম্ভীরসিংগী মচু খোইরাগী কিশান্নী পিএ। ইচা থা নিং-
থৌকাবর[1] হল্লে। অহু চুমিত্তা কালেনগী স ক্রান্তি হৌএ। ১৭নি থাঙজদা
ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। থাগি মোং লৈপাকপোকপদা[2] লুহোং শান্না কংএ।
ইঙেন থা ইঙ্গনকৈথলা চল্লে। ৪নি থাঙজদা শঙাইখেল পাইএ। ৯নি
শগোলসেন্দা বাংচিংদা ভাংবম মচা ১ হাওবম মচা ১০, ২মা লৌ মেংবা চংশদা
লৈনদুনা ভাংবম মচাদি শিএ। হাওবম মচাদি থুদো কাদুনা পুখংলকএ।
২৭নি অংমাইখিজিখা শেন শাৰমএ হাকদুনা পুথিবা মেখ ১ থাংজম মচা ২
লাইশ্রম মচা ১০ ৪মা কাদুনা লোংথিং চল্লে। থাগি মোং ইঙ্গনকৈথলা শুক্রবি
শিএ। অহু চুমিত্তা পুরাইদা লৈবা কিজম থাজিংমবু তখেল পুংচেবনে
হাকদুনা পুখংপবু কিজমনা চুমএ হায়দুনা থাথেএ। অহু চুমিত্তা ইঙেনগী
সংক্রান্তি হৌএ। থবান থা ইয়াঙনা[3] হল্লে। ২নি থাঙজদা থা মলমাস
ওই। ইগিং চাউদুনা যুম থুমএ। থাংজবা মৈরাং নিংথৌগী শোয়রাংতা
নিংথেম লেংএ। চুপী ১ কুলিগা তাংবৈ হাকদুনা পাত্তদা পীথিএ। ২১নি
থাঙজদা শুকমহুমগী তোয়া সেথোরবু থামাগি থিক্লোকএ। থবান থা মলমাস
ওই। থবাল থা থাঙজদা চল্লে। অহু চুমিত্তা সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন
থা নিংথৌকবনা[4] হল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদ[5] লাংবনগী সংক্রান্তি চৌএ।
অহু চুমিত্তা মাংশ্বামচা শামু মেজোংবু লুহাং মিংথৌ থিক্লোকএ। ৪নি
শগোলসেন্দা যুহারাই। য়ারা কল্লে। সুরচন্দ্রসিং কৌবা চিংলেন লাম্বাংথি
কখাম্বা চহি ৫ পাল্লমএ। অসিগী মতুংদা ৭নি লংমাইখিংগী অহিং[6] নোংমাই
মতুং পুং ৬তা শ্রীমনাও ইবুংঙো অঙৌ লোলাইথোই হজবগা মনাও ইবুংঙো
তিলাওমগা মনাও ইবুংঙো কোইরেং সেনাপতিগা ৩মা মাগী মাগী থুং পুদুনা
মচিন মনাও ওমানা কোহুং থুগাইএ। শ্রীযাদুং মহারাজ সুরচন্দ্র কৌবা
চিংলেন লাম্বাবদি সাহেপকী বাজারদা চঙথিএ। অহু মতুংদা মনাও ইবুংঙো
থম্বৌ শামু হজবা পাবা শগোল হজবা শ্রীগোপাল কুমানাই শঙলাকপা
ওমাদি মহারাজগী মা মাঙা চঙএ মমাও ইবুংঙো কুলচন্দ্র নংঙোল তাম্না লেংএ।
৮নি নিংথৌকাবদি নিংথৌ পান্ন কৈথেন্দ্র মুংলে।

---

১। তাং ১৯।৫।১৮৯০ ইং। ২। তাং ১৭।৬।১৮৯০ ইং বর্তাজেবৎ হংথিল পুং ২।৪৪।২৪ দা লাকপা হৌবা। ৩। তাং ১৮।৭।১৮৯০ ইং।

৪। তাং ১৫।৯।১৮৯০ ইং। ৫। তাং ১৬।৯।১৮৯০ ইং।

৬। তাং ২১।৯।১৮৯০ ইং আহিন ৫

## মৈথিংগু কুলচন্দ্র ( ১৮৯০—১৮৯১ )

চহি লৈপাকপোকপদা[১] শ্রীকুলচন্দ্র সিংনা চহি ৩৭ তা মিংথৌ ওই[২] । অহুক ময়ুক মচুং পুং ৪ তাবদা কোয়ুং চঙএ। পুং ৫ তাবদা শঙলাংমৈ চঙএ। ৬ তাবদা শজাই চঙএ। মুমিং মুংবদা মনাওই টেকেন্দ্রসিংবু[৩] যুবরাজ হাপএ। জোনাইরোই[৪] চন্দ্রকীর্ত্তি সেনাপতি হাপএ। মুমিং মুংবা মতুং পুং ৩ তাবদা অভিষেক তৌএ। মমিদাং মুংকা থৌরাঙ্গীহল ক্তমপাক মুমলগী

---

১। তাং ২৩। ৯। ১৮৯০ ইং আশ্বিন ৮

মহারাজ সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে, সি, এস, আইনা চোংথাব চহ লোকেশ্বরী পারছা মচা ইচুংতো কুলচন্দ্রগা মচা ইচুংতো গম্ভীরসিংগা অনী পোকই। মৈথিংগু কুলচন্দ্র শকাব্দ ১৭৭৬ লমদা বা ১০নি পানবা ( তাং ২৬। ২। ১৮৫৫ ইং ) ১৫ ফাল্গুন নিংথৌকাবা ছুমিংতা পোকই। শকাব্দ ১৮১২ দা'বর ৯নি পানবা লৈপাকপোকপা ছুমিংতা সিংহাসন কায়। সনা হাত্তক অহা। বৃটিশনা মণিপুরদা লাকাবকতুনা ১৮৯১ ইং এপ্রিলগী তারিখ ২৭ তা মণিপুর লৌশিনখি।

২। Dated Manipur Palace, the 15th Aswin 1812 sak From Maharaja Kula Chandra Dhaja Singh.

To—His Excellency the Most Hon'ble Sir Charles Keith, Marquis of Lansdowne G.C.M.G., G.C.S.I., etc. etc. Viceroy and Governor General of India.

My most Hon'ble and Esteemed Friend,—I beg most respectfully to inform your Excellency that owing to certain disputes there was a great ill-feeling amongst my brothers and that after a complication my brother, Maharaja Sura Chandra Singh, has abdicated the throne in my favour (I being the heir apparent), and left for Brindaban in pilgrimage, and that in accordance with his will I succeeded to my father's throne on 8th Aswin.

I also beg to inform Your Excellency that Rs 1000 has been paid to the Maharaja Sura Chandra Singh to meet the expenses on his way, and that I shall send him remittance as long as he lives at Brindaban for his maintenance and according to our custom.

Now the country is quiet, and the people are happy. I hope the British Government will favour me in every respect as it did towards my father and grandfather

Assam Secretariat Foreign Dept—A progs, July 1891 No 11—Manipur disturbance September, 1890.

৩। কোইরেং সেনাপতি

৪। জোনাইরোই হৌবা—মহারাজ চন্দ্রকীর্তিনা হাওবম চহ রুপবতী পারছনা পোকপা মচা ইচুংতো অতোমবা ওর্ফে জুবরাজসিংহ।

পুথংলে। অহু মুমিত্তা কৌবা চিংলেন লাম্বাবদি[1] তীর্থ চংখিএ। মনাও ইবুংঙো ওস্থ[2] ইনখিএ। ৯নি থাঙজবা কংলাদা শাম্বু ১ মোং ১ চঙএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা মনাও ইবুংঙো জিলাঙম্বু[3] শায়ু হুন্বা হাপএ। মঙোংবা তোম্দা মুহোদাম থিন্নোকএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা ইবুংশি চন্দ্রসিংবু মন্ত্রী হাপএ। মেরা থা ইমশকৈশনা হল্লে। ২দি শগোনসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ৭নি নিংথৌকাবদা শ্রীকুলচন্দ্র সিংহ মহারাজ মা য়াথং ঐগী ইপুম চোংথাম হবামতোন কৈরুংবা, চাওবহুম পিবা শাগে পুম্নমা অমা অনা কোকপীথি। অহু মুমিত্তা শগোম য়াইশা হাপএ। ১৬নি ইমশকৈশদা নিংথৌশেমবা যাইরেকশঙগী কৈথেল মথক্তা ঊশিং তাই। মনম য়াম্না নমখিএ। ১৮নি শগোনসেন্দা কোম্নুং অকোয়বনু নিপা ২০০ পনপাক লেকহল্লে। ১৯নি ঈরাইদা থোংহামপাংতা লৈবা থরাইজম্বু নোয়া শিকাইনে হায়দুনা গারোংতা বিচার তৌনবদা নথোয় করম্না কারকপম্না থিচারমা হুঙএ। এখোয় কারকপদি মবুথৌ ইবুংঙো গম্ভিরসিং মা হাকথক্তা কম্বাল মশিন্না পুথংপমে হায়না খুমকৈএ। অহুদি সিকাইদি নত্তবা থোকলে হায়না বিজয়া গারোংকী ময়াম্বু সেনাপতিনচিংবা পুম্নমনা লোইবিথি। ২২নি নিংথৌকাবদা মন্ত্রী শিএ। ছিন্নাটে থা শগোনসেন্না[4] হল্লে। ৪দি লংমাইজিংদা হিয়াঙ্গেগী সংক্রান্তি হৌএ। ১১নি থাঙজদা য়ুহারাই। ১৫দি ইমশকৈশদা[5] থা শানা কংএ। ২৬দি নিংথৌকাবদা[6] ইবুংশি কোমবরৈ অপানবা শঙলাকপবু মিংথৌ শেমগে তৌবমএ হায়দুনা কায়বএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা কম্বাল দোলাই হৌএ। পোয়ম্ব থা থাঙজদা চল্লে। ৮নি ঈরাইদা মুক্লোইথিগী জেবা মশা অচৌবা ১ তেকএ। অহু মুমিত্তা ইবুংশি কোমবিরৈ অপানবু থাজদা লোই থাই। মচা মোদোমসিংদি ককচিংদা থাই। থোম্বনা থোম্বিপুল্লা

১। কৌবা চীংলেন লাম্বা—মহারাজ ভবচন্দ্র।

২। মনাও ইবুংঙো অহম—ভবচন্দ্র মহারাজকী পোকমিন্নবা মনাও ইবুংঙো (১) থবৌসনা ওকে কেশবজিৎ শাম্বু হুন্বা, (২) শাকাসনা নগোল হুন্বা, (৩) পোপালসনা ফুংগানাই শঙলাকপা।

৩। জিলাঙবা—মহারাজ চন্দ্রকীর্তিনা অকোইজম চহ থঙালেখী লৌদুনা পোকপা মচা ইবুংঙো।

৪। তাং ১৩।১১।১৮৯০ ইং।

৫। তাং ২৬।১১।১৮৯০ ইং, হাম্বুকপা, চন্দ্রগ্রহণ।

৬। তাং ৮।১২।১৮৯০ ইং।

থাই। বামোন শায়ুরাইলাংপম অতৌদি কুমকিদা থাই। বামোন অথেনচংবম অতোয়াইবাদি কৌগাকচাওদা থাই। থাইদিবা অতৌ মুখিনারদি ওয়ুনা থাই। ঘাকচি থা লংমাইজিংমা হল্লে। ৩নি লৈপাকপোকপদা ঘাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি শগোলসেন্দা গাবোংবী পুন্নিদা লাই থোকএ। ১৯নি শগোলসেন্দা বৃন্দাবোনচন্দ্র মমাই লৈথোকএ। ২২মি লংমাইজিংদা মমাঙ্খুং মহারাজনা[1] লাংলম্বা ব্রজবিধুগী লাইসুংদা থোও থিল্লে। ২৬নি লৈপাকপোকপদা লৈকাই ৪মদা থানা ওয়ারী ইবা হৌএ। ৩০নি লংমাইজিংদা অর্ধদোই থোকএ। নিংথেম্না দান য়াম্না তৌএ। কাইরেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৪নি শগোলসেন্দা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু থুমিন্ডা রামচন্দ্রগী লাইশঙদা ঈ য়াম্না তাই। ১৭নি ইমশকৈশদা[2] মহারাজনা শেল অহনবা শায়না কৈথেন্দা শেল লথা ১৫ শাইএ। ২২নি লৈপাকপোকপদা খুম্বোংয়াইদা কৈশাম মচা ১ থৌরী য়াম্দুনা শিএ। ২৮নি লংমাইজিংদা[3] কাংঙবা মেজোরনা সিকাই ৭০০ লোয়নহুনা মাওদা সাহেপ ওকপা[4] চংলে। লমতা থা ইমশকৈশনা[5] হল্লে। ৪নি থাঙজদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি ঊরাইদা[6] মনাও ইবুংঙো সেনাপতি[7] মাইস্না মেজোর[8] অসিনচিংনা সিফাই ৫০ লোয়নহুনা সেকমাই অরাংদা কমেশোন সাহেপ ওকপা চংলে। ১১নি থাঙজদা মনাও ইবুংঙো সেনাপতি থুংলৈ। কমেশোন সাহেপনি হায়রবা থঙমবা লমথোং থুদিং কন্নু, চু, থাংমৈ থাম্দুনা মঙোল তৌএ। ১২নি লংমাইজিংদা[9] কমেশোন সাহেপ সিফাই ৪০০গা লোয়নহুনা থুংলৈএ। শ্রীমহারাজমচিংবা লৈপাক পুম্নমা ওকএ। তোপ ১৩ রক কাপএ। কমেশোন[10] সাহেপসু কোন্থৌজম ইমককদা[11] থুংএ। কমেশোন সাহেপনা

১। মমাঙ্খুং মহারাজ—শূরচন্দ্র মহারাজ।

২। তাং ২৫। ২। ১৮৯১ ইং।	৩. তাং ৮। ৩। ১৮৯১ ইং।

৪। সাহেব ওকপা—আসামগী চীফ কমিশনার জে: ডবলিউ কুইন্টন ওকপা।

৫। তাং ১১। ৩। ১৮৯১ ইং।	৬। তাং ২০। ৩। ১৮৯১ ইং।

৭। মনাও ইবুংঙো সেনাপতি—অতৌ সেনাপতি।

৮। মাইস্না মেজোর—সুরাং নিংথৌ কর্ণেল শায়।

৯। তাং ২২। ৩। ১৮৯১ ইং।	১০। আসামগী চীফ কমিশনার মিষ্টর জে: ডবলিউ কুইন্টন সি. এস. আই., আই. সি. এস.

১১। কোন্থৌজম ইমককদা—মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্টমা লৈবা ব্রিটিশ রেসিডেন্সী।

মহারাজ লোয়বার থৌগে হায়রমএ। শ্রীযুৎন্‌ কোয়্‌ চৎথি। শ্রীযুৎন্‌ মনাও ওয়াংগা চৈংপাকী অঙবগী মাঙবা হুমিং মুংগদবা পুং ২ লৈরিবৈদা লোয়বার থৌবা চৎলে। করেংগোন সাহেপতি চাক চাদ্রি হায়রদুনা থোকলকতরে। মুখব ১ ঙাইরবা কাওবা করেংগোন সাহেপতি লোয়বার থৌগি হায়বা য়াদরে। অদুবা শ্রীযুৎনা মনাও ২নে[1] য়াক্কলে। চৈংপাকী অঙবম্‌ য়াক্কলে। ১৩মি থিংথৌপাবদা করেংগোন সাহেপনা শ্রীযুৎতা হায়রকএ। হয়েং লোংকংলগা ঐ চৎলগে বেকারী পিও ১ম্ভুং নথোরগী য়াম্‌ লিদা মেংথিগে হায়রকএ। শ্রীযুৎনা তোপ গায়রোংতা লোইদনবা থৌ হায়দোকএ। নোংথোনবা কুলোনা লোইদনবা থৌএ। লুপা ৪০ পীএ। অদুগি অদু সাহেপকী মমাংদা লাক্কই। নোংতাংগদবা পুং ৮ লৈরিবৈদা য়াক্কএ। অদুগী মোংতানগদবা পুং ১ লৈরিবৈদা সাহেপনা সিকাই লোয়নদুনা লোংবৈ কাপলরে। লোংবৈ মথোন তাবদা মুগী নাহা য়ামা কায়রদুনা চেনরে। ১ম্ভুং পুক্রমদা তংকোয়া চোংথোক্‌দুনা চৎলিবা সাহেপকা পুংবা মংনা য়ারদুনা ২মা শিরিরে। তাংখুম হাও ২মু শিএ। বামোন ১মু শিএ। অদুগী হুংথিল অদু য়ামা কাপমরে। সাহেপকী সিকাই ৭তি থিরথোক বাংবা লায়া পাংগল সরদারগী[2] মমুম চৎদুনা মুগী ৬ হাংলমএ। পাংগল সরদারমু হাংলমএ। খুরক চৎদুনা উগম লৈকাই, য়াবেম লৈকাই, শাইথোম লৈকাই ওয়া মৈ থাদমএ। য়াবেম তোংলেমথোঙনা মুম চাকলে হায়দুনা কনবদা লোংবৈনা কাপদুনা শিএ। শ্রীযুৎনা চিংনাংথোংবাং অসোয়বদা য়ামা কাইমরে। মুমগী থাকথাক্রে, মৈপু কারে, মুগী নহা য়ামা কাইনরে হায়দুনা পুখোং মুথিদার ১, লৈশাং জমান্দার ১ অথোকপা লেবান মচা ১ চোংথা থিবা ১ মথোয় অসিনচিনা কাপলকই। পুখোং মুথিদার, লৈশাং জোমান্দার, অথোকপা লেবান ওয়া লোংবৈনা পান্দুনা শিএ। থোংচুপ থেংবা মচা ইবুংঙো বাংথৈবাকপমচিনা[3] সিকাই ৫০গা লোয়নদুনা কাপনৈএ। অদুগী মিত্যাইমকী মগাদা লাম্বুনা লানথি থোংলেনগী অবাংপাংবা অঙুংপতগী মমাংদা লৈবা কাপনদুনা থুগাইরে। অদু মুমিত্তাবাইতবদা সাহেপনা বাদালাদা

১। শ্রীযুৎকে মনাও ২মে—মহারাজ চুড়াচন্দ্র, মনাও ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ অমসুং মনাও ইবুংঙো অঙৌ সেনাপতি।

২। পাংগল সরদার—বদ সরদার।

৩। মচা ইবুংঙো বাংথৈবাকপা—বাইপাকশনা লোকেশ্বরজিৎ সিংহ।

চেনশিনখবে। অহুমগী থাজবাং পাল্লিদা কাপখৈএ। সাহেপকী থাজাদাদনীমু ময়ামা কাপলকএ। থেংনকনখদা কমেশোন সাহেপনা পেংজমা তোকখিদি হায়রকএ। লৈপাকী হায়রকএ। কমেশোন সাহেপনা দরবার তৌখি তায়রবদি লুক্রাম্বা লালুপচিংবা মহাকা কমেশোন সাহেপপু ওকনু হায়দুনা বাজালাদা চঙহনখি। কোম্বং মহুংদদি মনাও ইবুংঙো কোইরেং যুবরাজ, মনাও ইবুংঙো অঙৌ সেনাপতি মনাও ইবুংঙো তিলাঙম্বা, মোংমাইথেম্বা অঙোম[১] মিংথৌ, মাইস্নাম লুরাং মিংথৌ[২] কাংজবা থাদাম মেজোর, মিংথৌকাম্বা মাচাকপ লাকপা অসিনচিংবা লৈপাক পুম্নমা তিন্নদুনা থনখৈএ। শ্রীমনাও ইবুংঙো জুব্রাজনা চিংবা পুন্নমাম্না তায়এ। পেংজন মাথোম্না চঙলকউ হায়রবদা পেংজম্না লাকপে থুমদে। কমেশোন সাহেপনচিংনা সাহেপ ৪নে পেংজন ১নে ওমা অসি চঙলকএ। অহুমগী মনাও ইবুংঙো যুবরাজনচিংবা লৈপাকী অঙম্বা পুম্নমাগা দরবার তৌখৈএ। মনাও ইবুংঙো জবরাজনা হায়এ। সাহেপ নথোয়না হায়রবু ঐথোয়না য়াবা লৈতে। নহানস্থু থেকাদি পিও চংলগে হায়শিন্নবগা অহিংদা মোংথৈ কাপ্তুনা হুপী মহা য়াম্না পিদে। ঐবু হাংকে তৌবনে, নথোয সরকার অসিদি বিচার চুমদে, থিমমএ। থবম য়াম্না লৈতে। ওসি নথোয়না তৌবদি নিংথৌনচিংবা লৈপাক পুম্নমক হাংকে তৌবমে ওমদবগী তোকপনে, মোংপোকথংবা চিংনাংথোংনাং অসি মৈ থাদে। মৈতৈ ঐথোয় কনি লানবা লৈবগে। নথোয় লান তৌগে হায়রিবনি। থাজবা লৈতে। অস্থুম হায়এ। অহুদা সাহেপনা হায়। লানকমদি তৌবথোই ঐথোয় কনরসে হায়রবু মনাও ইবুংঙো যুবরাজ কাংজবা মেজোর ২মানা হায়রে। লাম তোকলগে হায়রবদি সাহেপলুকী মোংমৈমচিংবা থাঙ তা পুম্নমা ঐথোয়গী সিকাই চত্নুমা ওমনা লৌইন্নুগে কোম্নুংদা থমগে। ১তা মাঙহন্নোই বিচার লোইরগা ওমমা লৌজথো। সাহেপকা লোইনরকপা পেংজনহু হনঙলথো। সাহেপতি কোম্বুংদা লৈথো। নথোয় ওমা ঐথোয়গা কমখিন্নগে ঐথোয়গী মীদি ১০০ যোম পিদে হায়রবদা কমেশোন সাহেপনা হায়। ঐথোয়গী থুংও থুংলাই পিথোক্নুমা কোম্বুংদা থবদি হৌজদে নথোয়না থোকপা তৌও থুমএ। মনাও ইবুংঙো যুবরাজ, কাংজবা মেজোর ২মানা হায়এ। সাহেপ ৫ পেংজন ১গদি ওমা উত্রা মাঙদা

১। মোংমাইথেম্বা অঙোম মিংথৌ—পিবিধারী সিংহ।
২। মাইস্না লুরাং মিংথৌ—কর্ণেল শাহ্।

হাংলে[১]। অহুমা মাইথম্বী থাংথে পণ্ডিৎ ১ য়েমকোকপা অশৈবা হুমবা ১ অসিমচিংবা হকবা হিদং কৌহুনা- শ্রীমনাও ইবুংঙো যুবরাজমচিংবা অঙম্বা পুম্নমাক্না হায়রএ। পণ্ডিৎ মখোয়না হৌনবা ভৌও হায়রএ। লালুদি হংগোইথিদা চল্লে। মপাদি থাইমম্না ফুমএ। অসিগী মতুংদা লৈপাক হৌহুনা কোহৌঙমগী ইমফমদা লৈবা বাঙালাস্থ মৈ থাদোকএ। সাহেপমচিংবা সিকাই পুম্নমক মেমহ্ম কাম্বহুনা চেনখিএ। মোনখি সাহেপকা সিথাই থম্বগা লোয়মহুনা চেনখি। সাহেপ ১মচিংবা সিকাই ৫০ মরুমগা কবোম্রম চেনখিএ। থম্বনা অমাংলম চেনখিএ। মোংচুপ লমদা লৈভাম মকোয়নচিংবা সিকাই ১০০ লোয়নহুনা লানদানবা চৎলে। কবোলমদা য়েনখোইবা মেজোরমচিংবা সিকাই ১০০ লাম্মানবা চৎলে। অমাংলমদা লাইশ্রবা মেজোর-মচিংবা সিকাই ১০০ লোয়নহুনা লানতানবা চৎলে। থুনলক্পী সিকাই ৫০ মরুম কাহুনা কাদোক্তা পীশিনএ। ১৬নি শগোলসেম্বা মমাও ইবুংঙো অঙৌ সেনাপতি কাঙবা মেজোরনচিংবা সিকাই ১০০ লানদানবা চৎলে। বিষ্ণুপুরদা থুংলৈ। ১৮নি থাঙজমা য়োয়াংভেক য়ৌনা চৎলে। অহুমগী লমাংদোংদা হুম্রকএ। ১৯নি নোংমাইজিংদা মমাও ইবুংঙো যুবরাজনা মী ৫ লোয়নহুনা লাকএ। মমাও ইবুংঙো যুবরাজনচিংবা লৈথাক পুম্নমা দমবাম য়ৌএ। যুবরাজনা হায়, লান্না মাঙএবদি থুমা চম্রকও। লান্না চৌংহুংদা ভেংগোন শাহুনা লৈরবদি চৌনখংবা ভেংগোন্না মমাং লৈপাক য়ৌনা ভাংজোকও। মী য়ামদে হায়মবম্মুং হুম্রকও। মী য়াম্না পিরকনি। মনাও ইবুংঙো যুবরাজদি কোহুংদা হুম্রকএ। নোংপোকলম সাহেপমচিংবা থৌবানলম চেনখিবহু লাম্বাহু কাম্বহুনা য়েনখোইবমা য়েংনৌপল য়ৌএ। অশাংবা সুবিদার, মাইবা্য জমাদ্দার অসিনচিংবা নিপা ৫ কাহুনা পুম্নে। লাঙথেম্বা হুপা ৫০ কাহুনা পুম্নে বেকাম্বী ঙৈথি। ২০নি মিংথৌকাবদা কৈরাঙদগী য়োং অঙৌবা ১ কাহুনা পুম্নকএ। ১মুং মখোয়দি মমাং ভমপাক ভাবে হায়রৈ। শাম লৈতে হায়হুনা মনাও ইবুংঙো সেনাপতিমচিংনা হুম্রকএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা নোংপোকলমগী লাম্না ভকশিল্লকপদা অখোকপম লৌমাইদা ভেজোন শাহুনা লৈরে হায়মা পাউ

১। Mr, J.W. Quinton, Chief Commissanar of Assam, (2) Lieutenant Colonel skene of 42 nd Gurkha Regiment (3) Mr. Cossins, Assistant Secretary to the Chief Commissnor (4) Lieutenant Simpson of 43rd Gurkha Regiment, (5) Mr. Grimwood, Political Agent who was already fatally speared and a bugler.

থুংলৈ। শ্রীযুৎ স্না য়াথংনা শ্রীমনাও ইবুংঙো সেনাপতি, শ্রীম্না মাইপাক য়াংথৈরাকপা, ইবুংঙি লোলাইরোই হৌবা, ইবুংঙি লাওজৌ য়াইস্কুল লাকপচ চোংথামচা অয়াপুরেন মেজোর অসিনচিংবা সিফাই ৩০০ লোয়রমনা থৌমান য়োনা চংখিএ। অদু তুমিত্তা মমসিং মহারাজগী মচা লাওজৌ থুরাইরাকপা৹ মাইস্নাম শাম্যু মেজোর, অসিমচিংবা সিফাই ২০০ লোয়রমনা অরাংলমদা লান চংলে। ৭নি থাঙজদা অরোংলমদি লান লৈত্তে হায়রনা হলকএ। শ্রীমতোন ইবুংঙো থুরাইরাকপা লুথাং নিংথৌ ২মা হলকএ। অদু মুমিত্তা সাহেপকী সিফাই ৫১ কাহোবদু শ্রীযুৎ মহারাজনচিংবা লৈপাক পূরমা থমলনা সরকারগী সিফাই অসিবু কাহনা থম্বদি কত্তবে হায়রনা থাদোকপীখিরে। লুপা ৫।৫ পীখি। ২৭নি নিংথৌকাবদা শ্রীমচা ইবুংঙো কালা শগোল হৌবা, মনাও ইবুংঙো চিংলেন ফুজানাই শঙলাকপা ২মা ময়াংলম লান ভামুবা থুংলৈএ। নোংপোকলমদা মনাও ইবুংঙো সেনাপতি মচা ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপা ২মানচিংবা লিলোংদ তেজোন শাহনা লৈএ। মোংঙালগা অলোংখোঙদা চোংথা মেজেংবগী তেজোনগা কাপ্পবদু সাহেপকী তেংগোয়া তকথাইরকএ। মী ২০ মরুম শিএ হায়বা পাউ তারে। লৈপাক পূরমা লাংতক্লে। মনাও ইবুংঙো সেনাপতি মচা ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপনচিংবা তেজোম মীয়াম পূরমানা শরাং পণ্ডিংতা হঙ৪। তেজোন অসি চিনবা তারে কাল অকবা য়েংউ হায়ররদা পাঞ্জি পূরমানা অয়ুক মুথক মতুং পুং ৬ তাবদা কৈ হায়রবদা লৈপাক পূরমা লাত্রা তোএ। অতুদগী মুমিৎ মুংবা মতুং পুং ৬ তাবদা থৌমাম কৈথেল্দা তেজোন শাই। মুগী অতাংদি কাহনা চেমদে। মাইস্নাম কৈকংবা নায়েংবা লামুপচিংবা ২মনা তোমজিংদা মতোন্দা বমত্তার পুখত্তনা কাপ্পে। সাহেপকী মরুনা য়োরকুনা নারুংবগী মথোংদা পালে, শিদে পেংঙন ১ পালে৹ শিদে। স্না য়াইস্কুল লাকপনচিংবা পূরমক থৌবান কৈথেলগী মোংচুপ্তা তেজোন শাহনা লৈএ। মোংঙালগা চুরেল থাংমা তোমজিংগী মথা থাইথোমগী ইংথোন্দা তেজোন শাহনা লৈএ। মনাও ইবুংঙো সেনাপতিমচিংবা লৈপাক পূরমা দরবার তোএ। সরকার মথোয়বু চংলো হায়না পেংঙনা হায়রবদু সরকারগী পেংঙন মরোয়া হায়রকএ। মৈতৈ মথোয়বু লোকয়বদা ঙমই ঙমদে থংদনা হনবা হৌমদে মথোয়হুম হনথবো। অতুগা অথোকপমগী মুম তুমনা মৈ থাই। শগোনশেমগী ইংথোন্দা তেজোন শাহনা লৈরে। মৈতৈনা চঙবদু ঙমদে। সাহেপনা তকশিরকপন্থ ঙমদে অতুনা লৈদরে। লামজাবা

মশেন্দি য়াম্না কাইরে। লিকাই মচা মাকে মাকে, হায়বা মী ৫০ মকুম খোংপোকলদ চঙহুনা কাপনরে। অহুনম্ কাইবা ওমদে, হল্লকএ। অহুদগী তেন্দোং ২ ফি য়াম্না হায়নৈএ অহুম্ য়ানদে চাম্মহুনা হল্লকএ। তেলিগ্রাম বাবু চঙহুনা তেন্দোঙদা খুৎলবদা বাবু। মঙনা লাকপদি করিবা নৈবগো হঙএ। বাবুনা হায়এ। সাহেপ দুক মখোয়গী মনাও ইবুংঙো সেনাপতিগী চিংবা লৈপাক্তা হায়রকএ সাহেবম্ হনখ্রো ঐখোয়ম্ হল্লগে হায়রকএ মখোংগা ঐখোয়দা কাপ্লবসি কায়দে, নখোয়গী লৈবাক্তা হল্লো হায়রবদা মখোয়না খুমএ। মখোয়গী নখো করি লৈত্তে ঐখোয়দি হনবা ঙৌনদে অস্তুম্না খুম্মে। অহু কারবদা হল্লহুনা হায়রৈ। মখোয়দি হল্লু হায়বা য়াদরে। ওমলবদা মনাও ইবুংঙো সেনাপতিগী চিংবা লৈপাক পুম্নমাক থমমৈ। মখোয়মা য়াম্লবদি ঐখোয়না ওমলবম্ মখোয়মা ওমবম্ লৈবাক পুম্নমক চঙলগনি হায়না লেপ্লে। ২৫নি থাঙজল খোঙবাম্ তৌহুনা ২৬নি লংমাইথিংদা[1] হুমিং য়ুবা মঙুং পুং ৫দা মথাঙুং বাংথৈবাকপা মচা ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপা, মথাঙুং লোনাইরোই হজবা, খেনখোইবা চেক্কোর, চোংথা ঙেক্কে, বাংথৈ লোইনা[2] অসিনচিংবা লৈপাক পুম্নমা লাম চঙখিএ। অহুদা মংখোয়দি হংখোন্দা থুপলহুনা লৈখ্রে। ইংখোল্দা কোম তৌহুনা লৈএ নোংমৈদি য়াম্না কাপখোকলকএ। মৈতৈগী সিকাইনা মোংবৈ য়াম্না কাপশিন্দুনা মখোয়বু কোযরে মখোয়দি চংখোক্লকপা ওমদরে। অহুম্না কাপ্লবা নোংঙানবদ লামকম থুদোং থিরবদা তেন্দোন অপুম্বা থম্নরে। ঐখোয়না কাপশিনবম্ মখোযদি কোম মহুংদা লৈহুনা মক য়ৌদরে। অসিমদি থাঙ পাইহুনা খুংমা কংনা যাম্নরসে অস্তুম হায়হুনা মথাঙুং য়াইস্কুল লাকপ, মচা ইবুংঙো য়াহল ১মনাচিংহুমা নাকে নাকে হায়বা অখোৌবা পুম্নমক চঙথ্রে। য়াইস্কুল লাকপা মপা মচা ২খাকা হুমিং য়ুংবা পুং ৩ তাবদা সাহেবকা য়ামরে। সাহেব ওম্নং য়াইস্কুল লাকপা মপা মচাম্নং ৫মা শোকহুনা শিথিরৈ। অহুদগী হুমিং তারহুমা তেন্দোন হল্লিজএ। অহিংদা সাহেপকী তেন্দোন্দি লোম্না চেনখিএ। ২৮নি লৈপাক-পোকপদা[3] নোংঙাম্লকলবদা চেনখি হায়বা খঙলে। লান্দি লৈত্তে হায়হুনা মনাও ইবুংঙো সেনাপতিগী চিংবা পুম্নমক হল্লকএ। অহুগী হুমিংতাবা পুং ৬ তা বাবু ৬ মরাংদা চঙখিএ। অহু হুমিংতা শ্রীমচা ইবুংঙো কালা শগোনহুনা

১। তাং ৫।৪।১৮৯১ ইং। ২। বাংথৈ পোইনা—বাংথৈ মৈরাংগী পোইনা
৩। তাং ৭।৪।১৮৯১ ইং।

ফজবা, মনা থাংবা লৌরুংপুরেন.[1] য়েন্দোকটবা পোইদা লোংজাম্বা পোইদা অসিমচিংনা শিকাই ১০০০ লোয়নদুনা থান চংলে। লাইফতোম্বা ভেজোন শাদুনা লৈরে। কোদুংদদুং লৈপাকী অতম্বা খুরাইলাকপা থাংখেয়াকপা পুরুবা তিরদুনা লৈরে। মন অকম্বী পাও তাদুনা লৈরে। নমতুপ অমতুপ খুদিংদা পাও হন্নোক হজিন চংলে। কোম্বুং নচুংদা লৈবা মী পুরমকপুং ঙাক্নুংবা থাচেম খুৎচেম য়েনবিয়ে। পাওদা থেজোম চোংখা থেজোম ওখা থোংজোম তুরেন মপান্দা ভেংখোন[2] শাদুনা লিরে। থাংথৈ পোইলানা চিংজিন্দা

১। মচা ইবুংঙো কালা নংগোম হঞ্জবা, মনা থাংবা লৌরুংপুরেন—মচাম মনাও নি লাবণ্যচন্দ্র মহারাজগী মচা ইবুংঙো শাজৌবা সেনাপতিনা লোকপনি।

২। খোংজোম তুরেন মপান্দা ১৮৯১ ইং এপ্রিল থান্দা থৈতে অমীনা ভেজোম শাখা মকম অদু অমা লোতকী লোংচুবনি।

খোংজোম লান্দা ব্রিটিশকী লায়ীনী লুচিংবা মতিতবা অথা রেজিমেন্টকী Captain F. M. Rundall না তাং ২৫। ৪। ১৮৯১ ইং দা পীবা রিপোর্ট :—

... I found the enemy occupying in force an earthwork entrenchment on the west of the road . . ... Before my arrival they had also occupied a breast work and rifle pits constructed on the low hills on the right of the road Captain Drury had driven them out of these, and I saw his party occupying a knoll about one mile to the north east of the enemy's position and the enemy were firing with jinjals in his direction ( vide rough sketch in margin ). — . . I proceeded with Lieutenant Persse, Royal Artillery, and the two guns and 50 rifles to a hill 1,000 yards east of the enemy's position, leaving Captain Carnegy, and Lieutenant Grant, 2-4th Gurkhas, South of the position, and some 1500 yards from it, in a slight depression of the ground.

... — On arriving at a Meck, we saw a small body of the enemy sitting on a hill 600 yards from us on what would be the right flank of my guns when I had got them into position, so, I drove them off with a couple of volleys. The guns were then taken to the top of the hill, which was about 400 feet above the plain, and I opened fire on the enemy's earthwork at 1000 yards range.

... ... The work I perceived to be somewhat in the shape of an oval, being about 50 yards long by 40 broad The eastern face was protected with bamboo chevoke de frise, and the work consisted of a parapet three feet high, with a ditch behind it 4½ feet deep and 4½ feet board, the parapet had loop-holes flush with the terre

তেজোন পুন্না চংখিন্নুনা সাহেপকী তেজোনদি কনাইনো হংবনু ককচিনো চিনদা লৈবা অনিনে হায়রবগা খুনকতগী সাহেপ সিকাই থুপলমন্না থুম যোন্নুনা লোংবৈ কাপলমনে। মাংথৈ পোইমানচিংনা নিপা ৩০ মকমগা থুংনা কংনা য়ামরে। মাংথৈ পোইমানচিংবা মী ২০ শিএ। অতৈ অমাখদি চেনখিএ। খোংজোম তুরেন্দা মেজোর ২মামচিংবা তেজোন্দা পনজাবীমা চিংজোন্দগী মমদিম্মার ওরক কাপথককপদি য়োদে। ৪রক তুবদা তেজোন্দা তাই। অন্নুদা পাওনা মেজোর, চোংথা মেজোর ২মানা থৌবান্দা মচা ইমুংতোং মাংথৈবাকপা য়েমখোইবা মেজোর ২মদা হোপ শিরকও, তেজোমন্থু তক-শিনখিরকও মখোয়গী মরুমদি য়োদে। ঐখোয়গী মকমদি য়োবা তমদনে হায়না পাও ওলক চায়খিবনু শিরকতে। অন্নুদা পাওনা মেজোরনা হায়। লৈপাক মচাশা মরুমদি য়োদে চেন্নুনা শিংদি মতে, ইবাই য়েমখোইবা মেজোরনা পুকচেম কত্তবা নিংলখোই হায়দুনা তেজোন মন্নাইদা থাও শত্তুনা কোইনা চংলে। ঐখোয় পুমমাক্নু হিংলবোই। মাইন্নু ওমবোই হায়দুনা থাও অনি পায়দুনা হোংচিনখিএ। ১৭নি শগোলমেন্দা লোংতামকপদগী হৌমা শোক্লবনু হুমিদাং মুথকী মতম থৌবকলনদা সাহেপনা চিনথংমা শগোলমতোংবা মন্নাম্না মৈতৈবু কোইকে। অন্নুদা পাওনা মেজোর চোংথা মেজোর, সমদাক পুমমা মপা মপা চোওশিন্দুনা য়ামরে। তুলিনা পান্দুনা মী য়ান্না শিরে। সাহেপনা চিনথংদুনা অতংপা মাইদনা তকশিনকলে। অন্নুদা মাওগী তেজোন মুংলে। শিবদি পাওমানচিংবা—হিংবদি চোংথা মেজোরনচিংবা মী ১০০

---

pleine, and a second row above the bottom row. Almost every loop-hole consisted of a large hollow bamboo inserted through the parapet. I found afterwards also, what was not, visible at the commencement of the attack, as it was concealed by grass, a deep and difficult nala round three sides of the work, with three or four feet of water in it. This nala was about 12 feet deep and 12 to 15 feet wide at the top with precipitous end, here and there, overhanging banks. There were only one or two places which afforded troops who jumped into it an opportunity of scrambling out, and these were extremely difficult. A number of bivouac shelters in the work, constructed of grass and bamboos, gave the defenders of the rear and side faces cover from view, and also concealed a number of deep shelter trenches constructed in the body of the work.

য়োম থাঙনা তেম্না শোকপা থরগা হিংখিএ। সাহেপকী তেজোন পনচীনম্ মামা শিরে[১]। মুমিং তারবদা সাহেপকী তেজোনম্ মখোয়গী তেজোনদা হনজিনখিরে। অতুদা নিংথী তেজোন হাংথোকপা, য়েনখোইবা মেজোরন-চিনা কোহুংদা চেল্লকএ। কোম্বংদা পাঙিনা শ্রীযুৎতা পর্মিগী বক্র থাগদবা মুমিং ৫নি মতাইরে, শ্রীগোবিন্দদা উৎসব কংশীরো হৃদংলে। উৎসৌর্বি কংপদগী হোবা ১৬মি থাঙজদা[২] মাইকৈ ওমগী তেজোন কাবকপা কোহুং

Even when our men got in the enemy would not give way, but some firing out of the ditches and shelter-trenches, and others with clubbed muskets and swords, furiously resisted, and both side engaged in a desperate hand-to-hand fight, which however did not last long

Military Progs Manipur 1891.

১। No 39.

From Viceroy to Secretary of State,

April 28, 1891

Manipur Tammu Colummn. Graham reports from pallel, 29 miles from Manipur, that, on the 25th, a reconnaissance under Captain Drury 2nd Battalion 4th Ghoorka Regiment, discovered enemy, about 1,000 strong, in an earthwork on plain five miles north of pallel The line of retreat was closed by Captain Drury, and Graham then attacked enemy with 350 2nd Battalion 4th Ghoorkhas and 12th Madras Infantry, under cover of fire of two guns, and after hand-to-hand fight captured the earthwork, which the enemy defended with great stubbornness, losing 128 killed in and near the work, and many more in the pursuit by mounted infantry Our troops behaved splendidly. The casualties were – killed, Jemadar Adjutant Kiruram Gurung, 2nd Battalion 4th Ghoorkhas, one private, 2nd Battalion 4th Ghoorkhas, wounded, Captain F M. Drury, 2nd Battalion 4th Ghoorkhas, Captain P.M, Carnegy, 2nd Battalion 4th Ghoorkhas, Lieutenant C J.W. Grant, 12th Madras Infantry, severely in the neck, Lieutenant F.W A. Cox, 12th Madras Infantry, severely in the shoulder, Subadar—Major Kurpatti Gurung, 2nd Battalion 4th Ghoorkhas, Severely, Jemadar Birbal Nagarkoti, 43rd Bengal Infantry (P) Severely, also six sepoys. Total, two killed, twelve wounded.

CORRESPONDENCE RELATING TO MANIPUR (LONDON 1891) P. 78

২। তাং ২৫।৪।১৮৯১ ইং বৈশাখ ১৩।

য়োরকএ। অদুদা লৈপাক পূমমক মনাও ইবুংঙো যুবরাজ সেনাপতি অসিন-চিংবা পূমমা লোমবার থৌহনা কোম্বুংদা লৈএ। ১৭নি নোংমাইজিংদা[1] নাম্মুঙীগী কুমা হোওএ। নোংঙানবা মতুং পুং ৪ তাবদা ত্রাম্বোন, বৈষ্ণব পূমমা যান দক্ষিণা তৌরম্মে। অদুগা ইবেন্মশিং পূমমা মপোক মচৈ লোয়নহনা কুমা কুমহনম্মে। অদু মমিংঙা কোনশম অবাং, শাজৌগী কুঙ্গাম্বও, নিংথৌ শাগৈ, ওইরো হায়দুনা মাইবা শঙলেন্দা হায়দোকলকএ। মাইবা শঙলেন্দা স্না শন ১ লুপা ১ হাথেএ। চৈরাওম্বু স্না শন ১ লুপা ১ হাথেএ। শ্রীগো-বিন্দদু স্না শন ১ লুপা ১ থংলে। থুংঙু থুংলাইসু কংলমএ। মুংথিন্দা অতাংভোনগী কুজাম্বু নিংথৌ শাগৈ থিন্দোকএ। মশংদা থুংঙু থুংলাই পূমমা কংলমএ। মমিং মুংবা মতুং পুং ৬ডা'লৈপাক মীয়াম হাইদোকলকএ। মাগী মাগী মশংবু মুংশিবনা কপমা কপমা থোক্লকএ। শ্রীগোবিন্দনচিংবা লাই পূমমা থোংমন মপান্দা ঠাকুরদাস নিংথেম পুরিংতা থিনচিনখি। লুপা ১০০০ অসিনা লাইগী বমধাম ওইনাবিও হায়দুনা নিংথেমনা কংলমএ। মমিংডাবা মতুং পুং ১গী মমুংদা নিংথেমমুং যুবরাজসু সেনাপতিমুং শামু হরবা, জিলাওবা, চিংতাখম্বা নোংথোমবা, মাইস্না লুরাং নিংথৌ চোংথা অয়াপুরেন মেজোর অসিবচিংবা নিপা ২০০ মরুম নোংপোক চপাংলম পোরোমপাং—লম থোক্কুনা চেনখিএ[2]। মোইরাং তোনজাও মুবিদারনা খাগী য়োবা লম চিংগনি

১। তাং ২৬। ৪। ১৮৯১ ইং বৈশাখ ১৪।

২। **Telegram from the General Officer Commanding, Assam, Manipur, to the Foreign Secretary, Simla**

**Kerong, April 30, 1891.**

**872. It has been ascertained that the Regent and his three brothers, with a following of about 50 armed men, left Manipur at 6 p.m. on 26th in a north-east direction, it is believed, for chassad in the Tonkul Naga Country In consultation with Chief Political Officer, I have ordered the mounted infantry of General Graham's Column, numbering about 80 rifles, to follow them up. It is not probable that they will catch them but they will be able to find out the exact line of retreat, which will be of great value. The mounted infantry marched this morning. Trustworthy guides could not be procured before The place of burial of our murdered officers has been found, and military funeral ceremony will be held on morning of 30th. Following ordnance found in palace, four7—pounder muzzle loading guns. 1 mortar, six bronze 3-pounders, a**

হায়রুনা কবো ১গী লমথাং থুলং লুপা ৩০০০ পুম্বা ৩নি লৈরিঙৈ চংখিবদু লৈরমদে, তোপ ২২ পম ২ নোংমৈ চেপ ২০ হিলাক উপু অমাম্বুং শঙগাইদা থনমএ। মৈ থৌরিগা শম্বনা পুং ৫। ৬ কী মতমদা নোংমৈ থাদকএ। শঙগাই লৈপথোপ হিরুশঙ অসিনচিংবা মুম ১০ মরুম চাকএ। সাহেপনা কোম্বুং চঙলবোই হায়না ভাওমৈএ। থুপী নাহা অহল-নুমন পুম্বা চেঁতেএ। মপোং মচৈঙ য়াম্মা হদোকলমএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা নোংভাসবা মতুং পুং ৭কী মতমদা নোংচুপ লমগী ভেদোম্মা কোম্বুংদা চঙখিএ[১]। বর সাহেপনা হায়ে। লৈকাই ৪মা কুমহনা কোয়া পলতোন সাহেপনা কুরুপ তৌএ। কোম্বুং কৈ থুদিংগী থোমগৎলে। বর সাহেপনা মমাঙিজগী সঙাইদা লৈএ। মৈতৈগী নিংথৌদি বর সাহেপনা ওইএ। মৈতৈমা চেঙ চাক য়াম্মা কৎএ। সিফাইশিং কোম্বুংদা লৈএ। বর সাহেপতি উত্রাদা হোংদোকএ। মৈতৈগী শগোন শাম্বু শন ইরোই থোবদি কোম্বোকস ইমক্কদা থমএ। থাংজগা থেলম্রনচিংবা মৈতৈ মচাদি বাঙোল পুম্বিদা লৈএ। মৈতৈগী তোপ ৯ নোংমৈ পুম্বদি থুদেক্পা শাবোংতা থমএ। মৈতৈগী নরদার পুম্বাগী

---

large number of jingalls- Large quantity of ammunition in box being examined, believed smooth-bore, no Snider or Martini— Henry ammunition found yet Large quantity of powder in barrel. Fire-arms are in course of collection from villages Brigadier General Graham has asked for two of the 7-pounders for his column. I have given these subject to his Excellency's confirmation.

No 4 Correspondence Relating to Manipur ( London ) 1891.

তাং ২৭। ৪। ১৮৯১ ইং ১৫ বৈশাখ

Telegram No 121' dated Kairong, the 29th April 1891

From—Chief Political Officer, Manipur

To—Secretary to Chief Commissioner, Assam

On 27th Morning Silchar Column arrived palace, and found whole palace within wall evacuated, arsenal with guns burnt, and all houses looted by villagers during previous night. The Regent, Senapati, and brothers left palace for Tangkul hills 8 p.m. 26th. Leading officials in hiding Manipur. The temple said to contain library is intact, and will be opened later on. Kohima and Tammu columns arrived Manipur 10 o'clock. Tammu column had fight with enemy, and killed 200. All well in columns.

"1891 Assam Secretariat Forgeign-A September—No 274"

থুংল্লাই খোমগত্তনা য়েখোকএ। খোঙ থুদিংদা সাহেপকী সিকাইনা শত্রী ভোঁএ। থা ১দি কৈথেল মুংলে। লমখোং থুদিংদা কৈথেল কাইএ। মর সাহেপনা হায় মণিপুর মখোয়বু কিবা ভোগনো কৈথেলদু কানো হায়ছুনা লৈকাই ৪মদা পাও চেন্দুনা কাহল্লে। ২৮নি ইমশকৈশদা কাংভবা চেল্লোযমা মথম্না সরকারদা চঙলকএ। থাশি নোং ঊন্নাইদা[1] শ্রীকুলচন্দ্র মহারাজদি খোংপোক্লমদা থাশী য়োগদি হায়চমা চংথিযবু য়োবা ওমদচম হুরবএ। সরকারনা থিনবদা ইয়া মপাম্দা লৈরমহুনা পুরকএ। বাস মঙোলদা থমএ। কালেন থাদি থাঙজনা[4] হল্লে। অহু মুমিত্তা লংমাইথেম্বা অঙোম নিংথৌ, চোংথা অঙাংঅতোম অম্নাপুরেন মেজোব, চিংঙাথম্ব' 'মাংখোনবা' ওমা চেন্নুবনু ওমদছুনা মথম্না হল্লকএ। ২নি লংমাইচিংদা[2] মাইম্না শামু মেজোব মথম্না হল্লকএ। ৫মি ইমশকৈশদা সাহেপকী সিকাই পুকচত্তুনা থাম্না শিএ। সাহেপ ১মু শিএ। গুরুমযুম ঠাকুর লংথাইজিং শিএ। চিংঙু[8] খোঙদা তোপ থানা লৈএ। তোপ ৬ থাংএ। অহুদগী নোংমৈ কাপ্পদ' মুমিং মুংই হায়বা থঙমৈএ। তোপমচা ১ য়াংএ। ৬নি ঊবাইদা কালেন্গী সংক্রান্তি চোঁএ। ৮দি থাঙজদা সাহেপ ১ মপুক চত্তুনা শিএ। ১০নি[6] ঙ্গিংথৌকাবদা সরকার সিকাইনা লৌবাই থুদিং কুমহুমা কৌ কুরুপ ভোঁএ। কংদা ভকং মুল্লে। থাংজোংগী মুঙদু মুক্তোবএ। পানা ৪মক কোম্বুংদা থবক তৌবা চোঁএ। ১২নি ইমশকৈশদ[8] লৈকাই ৪মা ১তা থোয়ুগা মী ৩০০ দা থবক ভম্বল্লে। অহু মুমিত্তা মনাও ইবুংঙো জিলাঙদা[7] মথম্না চঙলকএ।

১। তাং ৮।৫।১৮৯১ ই· বৈশাখ ২৬।

Telegram No 14', dated Kaithemabi, the 9th May 1891

From—Chief Political Cfficer, Manipur

To—Secretary to Chief Commissioner, Assam.

8th May. The Regent captured by Manipuris to-day, is in custody.

Assam Secretariat Forign A, September 1891 No 318.

২। তাং ৯।৫।১৮৯১ ই·। ৩। তাং ১০।৫।১৮৯১ ই·।

৫। তাং ১৮।৫।১৮৯১ ইং। ৬। তাং ২০।৫।১৮৯১ ইং।

৭। Telegram No 190, dated Manipur, the 21st May 1891.

From—Chief Political Cfficer, Manipur

To—Secretary to Chief Commissioner, Assam.

Kajao Manipuri, who speared Grimwood, captured, tried, and sentenced to death. Zilla Gamba, the youngest prince, captured to-day, and is in custody.

"Assam Secretariat Foreign—A, September 1891 No 345.

"১৫নি থাঙজনা[১] বা শানা মাংএ। অহ্ তুখিজ্জা মথাও ইবুংতো যুবরাজনু শিংজবে মথক খোকচোম মেরানবী তুমথবী কামকএ। ১৭নি জিংখোকাবদা[২] পুৱনবা কিতাংবু[৩] কাম্বণি খোঁএ। মাইবমশুদী পখিংপু চৈথারোল কুম্বাবা

১। জার ২৩। ৫। ১৮৯১ ইং জ্যেষ্ঠ ১০।

Telegram No. 197, dated Manipur, the 23rd May 1891.

From—Chief Political Officer, Manipur.

To—Secretary to Chief Commissioner, Assam

Jubaraj, alias Senapati, captured this evening, and is in custody. Subadar Kelendra Singh Surma Valley Police Battalion, effected capture after severe struggle Please inform Driberg.

Assam Secretariat Foreign—A Progs, September 1891, No 347.

Telegram from General Collett, Manipur, to the Foreign Secretary, Simla.

The Senapati was captured after severe struggle by Subadar Kalendra Singh, Surma Valley, and Sipahi Anu Singh, Garo Hills Frontier Police Battalion They had gone to discover exactly in which cluster of houses the Senapati was concealed prior to a military force effecting capture The Senapati detected officers, and ran, but was caught by Subadar, and they rolled together on the ground until sipahi arrived, and after further struggle he gave in and was hastily taken the six miles into fort Great credit is due to these officers for conduct

Correspondence Relating to Manipur (London), 1891.

২। তার ২৫। ৫। ১৮৯১ ইং। ৩। পুৱনবা কিতাং—ফাখাউ।

Telegram, dated the 20th May 1891

From—General Collett, Manipur

To—The Foreign Secretary, Simla.

187, Kajao, Manipuri, tried by Chief Political Officer for murder of Mr. Grimwood, and sentenced to death. I have confirmed sentence. The accused in statement admitted having speared deceased officer when all the officers were trying to escape from the crowd to the Darbar house, after the last Darbar on Tuesday 24th He pleads in extenuation that the crowd called on him as he had a spear in his hand to kill Mr Grimwood, and he did so, thinking the people might injure him if he did not. As Appellate Court I summoned accused before me and examined him, and consider he is guilty of a cruel murder beyond all reasonable doubt. 25th May fixed for execution.

ন্দুখংলো হায়দুনা পুখংলে। কংলাদা থমএ। অহ হুমিত্তা পাওন পাবাগী 'মুপা মাওবু বড় সাহেবনা চৈথাপ পাখোং ২মকপু থিহল্লে। লৌবগা মী অহুদগী লৌথত্তবা সরকারনা খিগংলে। ইন্ডা থা লোংবাইজি মা' হল্লে। ২নি নিংখৌকাবদা' যুবরাজনা টেলগা মগ্নাবু মৈতৈগী থিচং চওএ হায়দুনা কার্গি তৌ.এ। পাবাগী থবক ত্তবদু ৫০০ ওগী ২০ দি অদাংলম কৈথেল

---

Simla Records—3 Foreign Department, Secret-B,
1891, Pros. June 1891 No 101

Telegram No 1049 E, dated the 21st May 1891

From—The Foreign Secretary, Simla.
To—General Collett, Manipur.

No 1049 E your telegram No 187 of 20th, regarding sentence on Kajao, Manipuri The Government of India see no reason to interfere, and the sentence may be executed.

Simla Records—3 Foreign Department, Secret-B, 1891,
Progs June 1891 No 103

Telegram No 201, dated Manipur, the 24th May 1891.

From—Chief Political Officer, Manipur,
To—Secretary to Chief Commissioner, Assam

Kajao Manipuri the murderer of Mr Grimwood, was hanged this morning at 7 o'clock in front of the fort.

১। তাং ৭।৬ ১৮৯১ ইং।    ২। তাং ৮।৬।১৮৯১ ইং।

যুবরাজনা টেলগা মগ্নাং—নিরজন থবদার। মহাক মৈতৈ নত্তে। হারদই (Hardui) জিলাগী টিকুমাযো (Tikuamoh) কৌবা খুন্দা লৈবরনি। মপাগী মমিং দরিয়া সিং ছত্রি (Daria Singh, Chettri) কৌই। অহানবদা মহাক মতম থবা ৩৪ তবা বাটালিয়নগী থবক তৌরমী। মণিপুর রেসিডেন্সীদ গার্ড ওইরমী। মতৈংবদা টেকেন্দ্রজিৎ যুবরাজনা মবদার হাগিদুনা মণিপুরদা লিবাই থমহনখিবনি।

Telegram No 1166 E dated the 4th June 1891
from the Viceroy, Simla to the Secretary of State London.

Foreign. Manipur. We have confirmed sentence of death passed on Niranjan, Subadar, Ex-sepoy of our army and a British subject, who was convicted of active participation in attack upon Residency. We have commutted to transportation for life sentence of death passed on Mia Singh, Manipuri, a prominent adherent of Senapati, who was convicted of taking a leading part in revolt and subsequent resistance to advance of our troops.

Simla Records—1, 1891 Foreign Department Secret-B, Progs June 1891 No 147.

মানবীদা থবক তহল্লে। ৫নি শগোনশেন্দা[১] মৈতৈ শিকাইদু মাগী মাগী। ফুলিত্তা শাহনা বিবোইমগী মাম পোং পুবা চংহল্লে। গুড সাহেবনা কংলাদা কমহনা বিচার তৌএ। থাংজবা খেলমেন্দ্রা সুবিদারনা মৈতৈগী লোম হন্দোকএ। ৮নি নিংথৌকাবদা[২] চৈথারোল কুম্বাবু কংল্লাদা কমহনা ইবা হৌএ। মাইবা পাক্তি ২মগী মী ১২না মৈতৈদগী বান্দালামা শিনএ। অদু ফুমিত্তা মোইরাং নিংথৌ মচা দ্দা জোংববু মোইরাং নিংথৌ হাপশীখিএ। ২১নি জৈরাইদ শঙাইবেল পাই। ২৪নি নিংথৌবা শদা বড সাহেবনা চলোন্দা লোই খৌবা চংলে। ১মুং রাস মণ্ডন্দা থম্বা লাইরিক অয়াম্বা পুরক্তা পুথগ্রবু পুথাইজাম্বা লান্দুপচিংবা থিহনা পুথংলকএ। ইতেম থাবি লৈং- পাকপোকপনা হল্লে। ২নি ইমশকৈশদ[৩] শ্রীগোবিন্দজীগী সেবা কায়থনি হাযহনা কাং চিংহল্লে। মাগী মাগী মশিন কায়দনা তৌহল্লে। ফুলোইবীগী তেমা মোংমৈ হিদাক চন্দুমা কাপথেকএ। চেকপমন্থ থুগাইএ। ৭নি নোংমাইজিংদা ইংচাগী স ক্রান্তি হৌএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা কুমমোপোকপি হাওনা মুম্বাম খুমৌ সিকাই থাংজমমচা, নাওরেম মচা, অয়াম্বম মচা ওমা লিকজি মপান্দা তানা খিল্লে। ২দি শিএ। অয়াম্বম মচাদি শিদে। ১০নি ইমশকৈশদা চোংথাবচা অয়াপুরেন মেজোম মাইরাম লুবাং নিংথৌ ২মকপু থিরোইমা লম পুশিনখিএ। মাইবা পাক্তি ২মনা পুযান ইবা লোইএ। অদু ফুমিত্তা মুহারাই। চৈথারোল কুম্বাবু রামাচরণ বাবুনা ইংগ্রাজিদা ইবা হৌএ। অহুদা তাঙরিদা হিদং, শবাং পাক্তি ২মদি হাওহলো হ্যরহনা মাওহল্লে। অতৈদি ছুটি কংহুদা থা ৩ থবক হাওহন্দে। বড সাহেবন্থ কাংচুপ থুন্দা চংলে। ৩নি লৈরগা হললকএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা[৪] সাহেব- থুংলৈ। মৈতৈগী হিরাং লমজেম কুমৈ পুমমক তোকপন্থ অহুতৈ হৌএ।

---

**Telegram No 228, dated Manipur, the 8th June, 1891**

**From—Chief Political Officer**

**To—Secretary to Chief Commissioner, Assam**

**Niranjan Subadar hanged this morning Trial senapati closed. Counsel addresses Court this afternoon Trial Regent Commences to-morrow. I have secured many valuable books of royal library.**

**Assam Secretarial Foreign—A September. 1891 No 356.**

১। তাং ১১।৬।১৮৯১ ইং। ২। তাং ১৫।৬।১৮৯১ ইং আষাঢ় ২

৩। তাং ৮।৭।১৮৯১ ইং আষাঢ় ২৫ বধ বাজা। ৪। তাং ২০ ৭।১৮৯১ ইং।

উত্রা থাঙলা লৈবা চেকনা শাবা নোংশাঙুং কাপথাইএ। ১৬নি ইযশকৈশনদা অবাংলমদা য়াম পুখা চংলে। সিপাই ৩০০ নে থৌইরম পুম্নমাক্কি চংলে। ১৯নি থাঙজদা[১] মৈতৈ নিংথৌশী শগোল, শামু কম, ইরোই পুম্নমা য়া কৈথেলদা মিলাম তৌএ। ময়াং বেপারনা য়াম্না লৈএ। ২৩নিদনী[২] হৌদুনা শক ময়াই য়াম্না তাই। মখোং পোমখনা ককথাইরম্বুং অহৈশী মইথ হৌএ। শিবদি য়ামদে। অহ্ হুমিক্তা ভোপ শাকোংকী লানুপচিংবা ৬মা কাদোকখা থমএ। মাইবা শক্তী থাংথৈ পন্তিং, শাঙনা হিদং, মৈতাম কৈশাংবা ১ অসিন্নুং কাদোক্তা থমএ। য়েনবোকপদি মমা লৈহনা থাদোকএ। মিতোমবা মাইথাহম্বা, শোইথ্যা হিদংবু কাদোক্তা থমএ। কাদোক মকমদি গাস-মত্তোন্দা ওই। মেপতিংদ্রু ওই। ২৭নি থাঙজদা[৩] ভত সাহেপনা কেক্কুপান্দা থাজালা শাহনা হোংদোকএ। অহ্ হুমিক্তা থড সাহেপ ভত সাহেপ ২মানা থাকনবা শামুবু নাহারুপ লাকপা চাদ্রুনা মাহারুপকী থবক তৌহল্লে। ৩০নি কিংথৌকাবদা সাহেপ ২মাচিংদুমা হুংগু চাইরেন ভগ্নলোমদা সিপাই ৩৫ শা লম য়েংবা চংলে। থতান কা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৫নি থাঙজদা অবাংলমদা চংলে। অহুমা থুহোয়াই। ৯নি ইযশকৈশনদা হুনিং হুংবা মতুং পুং ৭তা শত্তাইশেম পাই। কাম অহুমা য়া কৈথেন কৈদা পুংদা মনাও ইবুংঙো কোইরেং কুম্বাকনে, কাংভা ভুলিনাহা মেজোরনে ২মাবু ফাঁসি তৌএ[৪]। ১০নি শগোলসেন্দা ইঙেমগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি শগোল-সেন্দা কুলচন্দ্র মহারাজনচিংনা মনাও ইবুংঙো অঙৌ সেনাপতি, মচা ইবুংঙো

১। তাং ৮।৮।১৮৯১ ইং। ২। তাং ১৬।৮।১৮৯১ ইং।

৩। তাং ১৭।৮।১৮৯১।

৪। Certified that Tikendrajit Bir Singh, late Senapati of Manipur, was this thirteenth day of August 1891 hanged at Manipur in my presence.

*H. Maxwell*

Chief Political Officer, Manipur Field Force.

1891 Assam Secretariat Foreign A. Progs, September No 385

Certified that Tikendrajit Bir Singh, late Senapati of Manipur, was this thirteenth day of August 1891 hanged at Manipur in my presence, and that I examined the body after hanging for the space of one hour and found life to be extinct.

থাংথৈরাকপা ওমা অহানগী বিরোধৈরোমদা পুশিনখিএ। মনাই মপাম ১মা মাওরুবে। অদু মমিতা খাম্নাইনাংগী থাজেন, চনম চাওবা অসিনা ঙোংবমা থৈবা লোইত্তোংবগী শগুন তৌবগা হায়দুনা পুখৎলকএ। ২মা মপুতা চৈ ৫০। ৫০ থৈহনা থাদোকএ। ২৭নি থাওজদা গুণ্ডো সাহেপ থুংলেএ। অদু মমিতা নোংপোক হাও মোংখুবু খোংজাইনা পোং খোমখিএ হায়দুনা গুণ্ডো সাহেপনা বিচার তৌএ। লাংবন থা ইরাইনা[1] হরে। ৫নি লৈপাক-পোকপদা[2] মা নদিয়াচান্দবু থোল্লি তৌএ। লিকাই অণ্ডাম ১মা কাথাম্বাব ১বু লোংথৈনা কাপ্পনা শিএ। অদু মমিতা ইবুংশি মিকোইগী মচা কাওজম শন হাই হায়দুনা পুখৎলকএ। থৈহনা থাদোকএ। থৈতে লৈপাকী পাং পুরুষ সরকারদা লুপা ৭০০০ পিদুনা হিক হিনাওপালা চাই। চাকথুং মায়া তাংএ। শনথু মায়া হুইএ। কৌ শংবাই ১মা সেল লাখা ২ মৌএ। শনথু হাংনা মায়া লৈএ। শন মায়া তাংএ। গা থুমথু মায়া তাংএ। ১৪নি শগোনসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি হোৎএ। অদু মমিতা গুণ্ডো সাহেপ চঙখিএ। লোংথৈ তোপ ৯লক কাপএ। অদু মমিতা বড় সাহেবনা গম্ভীরসিং মহারাজগা নরসিং মহারাজগা ২মা অসি পোকমিরবদা হায়না শরাং পাজি লাম্নুপচিংবা, তাওরিয়া অশেবা হিদং ২বদা হুংএ। পোকমিরদে মচিন

---

A Coleman, Surgeon,
Senior Medical Officer, Manipur
Ibid ibid No 386

Certified that Tongal Singh, alias Tongal General of Manipur, was this thirteenth day of August 1891 hanged at Manipur in my presence, and that I examined the body after hanging for the space of one hour and found life to be extinct.

A Coleman, Surgeon,
Senior Medical Officer, Manipur Field Force.
Ibid ibid No 387,

Certified that Tongal Singh, alias Tongal General of Manipur, was this thirteenth day of August 1891 hanged at Manipur in my presence.

H. Maxwell,
Chief Political Officer, Manipur Field Force.
Ibid No 388

১। তাং ৪।৯।১৮৯১ ইং। ২। তাং ৮।৯।১৮৯১ ইং।

৩। সেল লাখা ২—সেল মথাং ১৮০০

মনাওদি থোকই হায়দুনা খুমএ। অদুদা হড সাহেপনা অসি জুমিং ৫মি অসিদা পরিবনিরাজদগী হোৌবা মাগী মাগী থাবা নানা কাংদনা ইও হায়দুনা হায়এ। অদুদা মসা মন্ত্রী থুমাইদাকপা ২মা কৌথক্নুনা হংএ। অদুদা মৈতৈদা লৈবা নিংথৌমচা পুরমকপু মাগী মাগী থাবা কাইদনা ইও হায় অদুদা মাগী মাগী পুরুপতি ঐখোয়দি থাদে পণ্ডিৎনচুম থংগনি হায়এ। পণ্ডিৎ ২মনসু ঐখোয়সু থাদে, মসা উপু য়েংদবদি ঐখোয়সু চারবা ওমলোই হায়। থামাচয়োপ বাবুনা মসা উপু হায়বদি খিদুনা পুখৎলকও হায়রবদা পুখৎলকএ। পণ্ডিৎ ২মানা মসা উপুগী থাবা অদুবু য়েংদুনা পরিবনিরাজ মহারাজদগী হোৌবা মাগী মাগী পুরুপ পুরমা খিরে। থুরক্তা লৈবা নিংথৌগী থাক্না পুরুপ পুরমকসু মাগী মাগী থারা ইদুনা পুখৎলে। থামাচয়োম বাবুনা ইংগ্রাজিনা ইরগা বড সাহেপ, হেরানেমেক সাহেপ জুমিং ২০মি মরুম য়েংলগা হায়রকএ। শ্রীগম্ভিরসিংগী থারা অসিদি সরকারদা যাংদা লাক্লে। মণিপুরগী নিংথৌদি নরসিং মহারাজগী থারানা ওইবা তাবে। মোংমদা বড় সাহেপনা শথাং পাম্মিদা হংএ, নরসিং মহারাজগী মচা অহন্দি কনানা হনথগে হংবদা ভুবোনসিং যুবরাজ কৌবা ১ লৈরমএ, মহাকতি শিপ্রে, মামা হল্লি হায়। মাগী মচা মতদি লৈরিবনা হংবদা লৈরি হায়। অদুদা থিন-হুনা কৌথৎলে।

৭৫

## মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহ

২২মি শগোমসেল্দা বর সাহেপনা ভুবোনসিং যুবরাজগী মচৌ অদুবু কৌথক্নুনা হংএ। মংগী নচা কনা লৈথগে হংবদা ঐগী ইচাদি ৪ লৈএ হায়না খুমএ। অদুদি নচা ৪মগী জন্ম কুথি পুখৎলকও হায়এ। ৪মগী জন্ম কোষ্ঠি পুখৎলকুনা পীএ। অদুদা মোইরাংথেম চদুনা পোকপা চুরাচান্দ[1]

মহারাজ সার চুড়াচান্দ সিংহ কে. সি. এস. আই., সি. বি. ই

মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহ নরসিংহ মহারাজগী মপু ইবুংঙো চাউবাযাইমা সিংহনা মোইরাংথেম চনু নংদিত মচুপী পামদুনা খৃঃ ১৮০৭ মে থাগী তারিখ ১২ লৈপাকপোকপা হুমিৎতা পোকই। খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ এপ্রিল তারিখ ২৭তা বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনবা মতুংদা খৃঃ ১৮৯১ সেপ্তেম্বর থাদা ব্রটিশ গোবর্ণমেন্টনা মণিপুরগী নিংথৌ থাপখি। ব্রিটিশ গোবর্ণমেন্টনা মহারাজদা খৃঃ ১৯১৭ ইংদা সি. বি. ই অমসুং খৃঃ ১৯৩৪ হংদ' কে সি. এস আই পীখি। ১৯৩৪ ই.দা মহারাজনা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী সভাপতি ওইখি।

কৌবা অহুবু চহি ৮দা নিংথৌ শেম্বিএ। ১৩নি ঈরাইদা কোয়্‌দা থবক শুবদা নাওরেম মচা ১ চেকনা মন্দুনা শিএ। ২৪নি থাওজদা মীরৈবাক

---

শকাব্দ ১৮৬৩ হিয়াঙৈ থা ১৭নি প নবা শংগোলসেন হুইদিং ( ১৯৪১ ইং নবেম্বর তাং ৬ ) নুংথা পুং ৯ মিনিট ২০ তাবদা শ্রীধাম নবদ্বীপদা লোয়্‌গাখি।

গরিবনবাজ মহারাজ ( খৃঃ ১৭০৯—১৭৪৮ )
( মাইবম চনু )
|
শ্যামশাই সেনাপতি
( মোইরাংথেম চনু পোংলেন খোম্বী ইরাংলোন লৈমি লৈশং খোম্বী )
|
ভদ্রসিং নোংচুপ লমগাই ঙম্বা নিংথেম পাবা
( হাওহংবম চনু অপাম্বী অহন )
|
ভগেন্দ্রসিং ওকেঁ ভুবন যুবরাজ
( খোকংচাম চনু কুমারী )
|
চাওবীয়াইমা
( ১। লোইতংবম চনু ললিত মঞ্জুরী    ২। থাংজম চনু চিত্রবতী )

রাজা ভুবসিংহ | দেবসিং ওকেঁ ভিক্টোরসিং | চন্দ্রহাস সিংহ | চূড়াচান্দ মহারাজ | ভিগেন্দ্রসিংহ

The Governor General in Council has been pleased to select you, Chura Chand, son of Chowbi Yaima, to be Chief of the Manipur State, and you are hereby granted the title of Rajah of Manipur, and a salute of eleven guns.

The Chiefship of the Manipur State and the title and salute will be hereditary in your family; and will descend in the direct line by primogeniture, provided that in each case the succession is approved by the Government of India

An annual tribute, the amount of which will be determined hereafter will be paid by you and your successors to the British Government

Further you are informed that the permanance of the grant conveyed by this Sanad will depend upon the ready fulfilment by you and your successors of all orders given by the British Government with regard to the administration of your territories, the control of the hill tribes dependent upon Manipur, the composition of the armed forces of the state, and any other matters

সিকাইনা লোংখৈ ৩০ কুংলে। গুরা নৈথেকএ। অহু মুখিত্তা স্না নদিয়া যপা মচাবু কাপোক্তবী থাদোকএ। মেখা থা লংযাইজিনা[১] হল্লে। মাকম লাম্নুপতা অমাং লমদা, থবক তবম্নুং কোম্লংদা তহল্লে। মরাং লমথী লমাদি চংপা মী ৫ পুংলৈএ। খুইমখন্দা পুংলৈ। গোপালজী ৩ রাওএ, লোইবুং ২য় পুইএ। কুমিং, খুবদা লোপ থাবম্নু তোকএ। অতোম নিংথৌবী খুদা সাহেপ নৈপনি হাহমা নিপা ১০০ থবক তই। ১০মি নৈপোকপোকপদা[২] হাও মী হাংপম্নু কাপি তৌএ[৩]। ১৪মি ঊরাইদা

---

in which the British Government may be pleased to intervene. Be assured that so long as your house is loyal to the Crown and faithful to the conditions of this Sanad you and your successors will enjoy the favour and protection of the British Government

Simla — H. M. Durand

The 18th September 1891 — Secretary to the Government of India.

SANAD granted to His Highness Raja Chura Chand Singh, C. B. E., Raja of Manipur,—1918

I hereby confer upon your Highness the title of Maharaja as an hereditary distinction for your services in connection with her war.

Delhi, — CHELMSFORD,

The 1st January, 1918, — Viceroy and Governor General of India.

A Collection of Treaties, Egagements and sanads by C. U. Artchison B. C. S Vol XII

১। তাং ৪। ১০। ১৮৯১ ইং। ২। তাং ১৩। ১০। ১৮৯১ ইং।

১। টেলিগ্রাফ ডিপার্টমেন্টকী অপিসিরৈংস্কি মেলভিল সাহেপপু মরাং থাংবা হাংথিবা মরাং থাংদা নৈখা জিবাই মাপা—

Telegram No. 380, dated Manipur, the 12th October 1891
From—Chief Political Officer, Manipur,
To—Secretary of Chief Commissioner, Assam.

The murders of Messrs. Melville and O 'Brien of Telegraph Department. The sentence of death on Cherai Naga has been confirmed by Governor General in Council, the sentence of death on Haikrujamba Subadar has been commuted to transportation for life, the sentences of transportation for life on Indujamba

সিংথেবগী মপুং[১] মোইরাং মিংথৌ ওইহল্লে। ১৫নি খাওজম্বা মেথাগী মঙমহৌ চৌএ। ১৬নি সংসাইজিংদা বাবা করোম খাম্বু পাং পুল্লবী থবক তৌরম্লে। পুরুষ কংলাদা পুখত্না মোংলেঙ পুম নাম্মা[২]. মুগা ২ পীএ। খাদ্রৈ পণ্ডিতরচিংবা খাইবা কাংলাক্তা থম্বা থাংলোকখীএ। অদু হুমিত্তা অত্তো সাহেপ মোইরাংদা কুমএ। ১৮নি চৈথাকপোকপদা কোংমপান্দা লাইথাম মো ১ সিফাইনা কুচেক থাক্কা নোংমৈন্না পোক্কনা পুখংলকএ। সিদে, হুপী অদুদা মুপা ১০ পীখিএ। সিফাইহিং শত্তি চৌএ। অত্তো সাহেপ খুংই। ১৯নি কৈরংকৈথল[৩] খুবাই লৈশাংথেম্ব উয়ন্দ অয়াপুরেল্ল চোংথাবা লৈবা অদুদা চুরাচান্দ মহারাজগী লংই চৌএ কোহুং লেমএ। ২২নি খাওজম[৪] সাহেপকী সিফাই ৬০ মরুম মযাংতোম্বা চংখিএ। খুবাই লৈবাই মেহুখোংদগী হেইবা থাংমৈবন পুন্নিনা কোনবগী লম থথে ভাঙ্গোকএ। মেহুখোং কৈথেলগী হৌবা মশাং অদু পুরুতোম সিফাইগী লেম শাই। সিফাইশুং হাঙ্গা লৈএ। তোপশু ৩ থমএ। অদু হুমিত্তা খড় সাহেপনা মৈথৈগী তুলি ১০ মনী মী ৬০০ থনগমি হায়রকা

Jemadar, on Chingsuba Jemadar, on Phangjao Jemadar, on Mangsataba Jemadar, and on Ashangba kut, have been confirmed. In case of Chapa Subadar sentenced to transportation for life, the sentence is approved, but the Governor General in Council is pleased to exercise the prerogative of mercy, and to order that he be set at liberty.

Assam Secretariat Proceedings Foreign—A
November 1891 No 1

Telegram No 384, dated Manipur, the 13th October 1891.

From—Chief Political Officer, Manipur.

To—Secretary to Chief Commissioner, Assam.

Cheral Naga, the murderer of Mr. Melville, was hanged this morning.

Ibid No 2.

১। সিংথেবগী মপু—মহারাজ চুরাচান্দ সিংহগী মমা সিজন্দু পোকপী মোইরাংথেম থাখাহাল সিংহ পারিত তৌরবা।

২। মুক্তা-নাম্বা—মুম ক্লাক নাম্বা, মুবোন নাম্বা।

৩। আং ২৬।১০।১৮৯১ ইং কার্তিক ৫।

৪। আং ২৭।১০।১৮৯১ ইং।

কৌথংলে। ১ম্ভুং বাবা চরোন বাবুনম্ভ্ লোকোক ইবা হৌএ। ২৬নি ইমশকৈশদা মুহারাই। হিয়াঙৈ থা মিংথৌকাবনা[১] হল্লে। ৯নি লৈপাক-পোকপদা[২] বড় সাহেপনা লৈকাই ৪মদা চক্কুনা লাইমিক ইএ। বাবা চরোন বাবু কোম্বৌ ভুবোন শেনুংবা অসি য়াওএ। ১৪নি লংমাইজিংদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ্ হুমিত্তা পনজাবী অপুম্বা খগোল, তোপ, অসি পুম্মা লোয়নম্বনা কথোয়মদা চৎখিএ। ১৫নি চিংথৌকাবদা বড় সাহেপ অমাংলম চৎখি। ২২নি থাঙজদা জরিপ ইবা লোৎএ। ২৭নি থাঙজদা বর সাহেপ থুংলে। পোয়ম্ভ্ থা ইমশকৈশনা[৩] হল্লে। অহ্ হুমিত্তা শরকারদা লৈবা সুরচন্দ্র কৌবা চিংলেন লাম্বা মহারাজ কলিকতাদা লোংগাই। লোংতানবদা লৈতথনা হুদিং মুংবা মতুং পুং ১গী মতুংদা থুংলৈএ। পোয়াৎ কর্ম্ম পুরমক্তি মমাংশিংদা বৃন্দাবনদা তৌএ। ৫নি লোংমাইজিংদা থোর সাহেপনা মনিপুরগী বিচায় তৌনবা চরুংবা মেম্বার ১০ হাপএ। ৬নি মিংথৌকাবদা থোর সাহেপ অমাংলম চৎলে। ৮নি ইমশকৈশদা কোমলাকান্ত পাজি শঙলাকপা শিএ। লাইজাও থোক্কুনা মী হায়া শিএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ্ হুমিত্তা তভো সাহেপ থুংলৈএ। ১৯নি ইমশকৈশদা বর সাহেপ থুংলৈএ। হাকচিং থা ঈরাইনা[৪] হল্লে। ৫নি নিংথৌকাবদা[৫] অভোম মিংথৌগী ইমকমদা মিচেন সাহেপনা লৈগমি হায়দুনা থাজালা কৌএ। মিচেন সাহেপনা থাংচম চহু অমদা লোৎএ। ১৪নি ইমশকৈশদা জর্ণেল সাহেপনচিংনা সাহেপ ওমা থুংলে। ১৫নি শগোলসেন্দা হাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। কংলাদা কৌ শাবাই ১দা লুপা ১ লুপা ১দা শেল জিন্সিং[৫] ৫দগী হেনকথোই হায়দুনা সরকারনা কক্কএ। মিচেন সাহেপনা অমাংলম থিবোইদা কাঙবা লম্বী শেমএ। লম্বী শেম্বা অহুদা মৈতৈ মচা য়ায়া পুন্সিনবিদুনা শুৰ, লৈবা, চৈবা, থাংবা ওমদরে। মিংথৌ পান্নবদানি হায়দুনা কইরএ। মরাং ফবি লৈতথমন্থ ঐথোয়বু হায়া লাকচবা তৌরে। মৈতৈ ঐথোয়গী পাপকী মতুং ইমবনি হায়নৈএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা জর্ণেল সাহেপ অমাংলম চৎখিএ সাহেপ ওম্থ লোইমখিএ। থাজালাদা মাংখিবা লুপা য়ায়া থিগৎলে। ২১নি, ইমশকৈশদা[৬] মথুন মনাক

১। তাং ২।১১।১৮৭১ ইং।
২। তাং ২।১৮।১৮৭১ ইং।
৩। তাং ২।১।১৮৭২ ইং।
৪। তাং ৪।১।১৮৭২ ইং।
৫। সেল জিন্সিং ৫—সেল মথায় চামরি।
৬। তাং ২০।১।১৮৭২ ইং মাঘ ৭।

শাইরে। ইতা থা ঈরাইনা[১] হল্লে। ৪নি ফিংথৌকাবদা[২] বর সাহেপনা শর্বাং পাজি, ডাওরিয়া ফিদং ২মদা লৌ ৪। ৪ পীএ। ৭নি শগোলসেন্দা মীচেল সাহেপ থুংলৈএ। ১৯মি লৈপাকপোকপদা ইংতাগী সংক্রান্তি লৌএ। ২০নি ইঙ্গেনকৈশদা[৩] বর সাহেপনা খ্রীষ্টধর্ম বৈথেনবু হুম শাইএ। ইঙেন থা শগোলসেন্না হল্লে। ৩নি ফিংথৌকাবদা চিংতা মরক্তী লম্বী লেপ্পএ। চিংসু হোংলাইএ। বলদেবগী মোয়োম ককথাইএ। ২১নি ঈরাইদা[৪] ইঙেনগী সংক্রান্তি লৌএ। ২৭মি ঈরাইদা কুলচন্দ্র মহারাজগী থৌরাগী চিংথীমা পোকপা মাজাওবা মরাংদা পুলিমখিএ। থবান থা ফিংথৌকাবনা চল্লে। অঙ্গু হুমিঙা বর সাহেপ, বার্মা চরোম বাবু, ইঙ্গুংশি ভাংবা লৌকংপুরেল অসিনা কোইজিংদা পাট্টা য়েনবা চংএ। থাজা মোইরাং য়ৌএ। ৫নি ঈরাইদা[৫] শ্রীগোবিন্দগী মাঙোল শিয়োকএ। ৯মি লৈপাকপোকপদা[৬] মিত্তাইবাংতগী শেগালম্বী য়ৌবা শোমোক শেমএ। দক্ষুল ভুবেশ্বর থোং শাইএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬মি শগোলসেন্দা ত্তত সাহেপ থুংলৈএ। ২৯নি লংবাইজিংদা[৭] শুক্রকেতু থোকএ। লাংবন থা লৈপাক-পোকপদা[৮] হল্লে। ৪নি ঈরাইদা বর সাহেপ মোইরাং কুংএ। ৭নি ফিংথৌকাবদা[৯] চৈরাপ পকাই ২মা খ্রীষ্টধর্মদা থংএ। ১৭নি শগোলসেন্দা বর সাহেপ থুংলৈএ। ২৫নি ঈরাইদা লাংবনগী সংক্রান্ত হৌএ। মীচেল সাহেপ অৱাংলম চংখিএ। থাশি ইরশকৈশদা[১০] মৈতৈমচা ৪০০ পুলিস থজি। মবুথৌ স্নামহিগী মকমদা লেন শাইএ। খুমমথেমচা পার্বতিসিংবু স্ববিদার মেরোম হাপএ। মেরাথাদি শগোলসেন্না হল্লে। ১৩নি লৈপাকপোকপদা[১১] থাদা থবানমিচাক চংএ। ১৪নি ইরশকৈশদা[১২] শ্রীসুরচন্দ্র মহারাজগী মচা ইবেম্মা শাংপম নিংতোমা পোকপা স্নাত্তোম্বীবু বর সাহেপনা লৌএ। কংলাদা লৈএ। ঈশিংসু চাউএ। শিংজমৈ থোং তেকএ। থুবুথোং ইরামবদা থোমজাম হুপী ১ ইশিংদা শিএ। ২৩নি লংমাইজিংদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ।

| | |
|---|---|
| ১। তাং ২৭। ৫। ১৮৯২ ইং। | ২। তাং ৩০। ৫। ১৮৯২ ইং। |
| ৩। তাং ১৫। ৬। ১৮৯২ ইং। | ৪। তাং ১৫। ৭। ১৮৯২ ইং। |
| ৫। তাং ২৯। ৭। ১৮৯২ ইং। | ৬। তাং ২। ৮। ১৮৯২ ইং। |
| ৭। তাং ২১। ৮। ১৮৯২ ইং। | ৮। তাং ২৩। ৮। ১৮৯২ ইং। |
| ৯। তাং ২৯। ৮। ১৮৯২ ইং। | ১০। তাং ২১। ৯। ১৮৯২ ইং। |
| ১১। তাং ৪। ১০। ১৮৯২ ইং। | ১২। তাং ৫। ১০। ১৮৯২ ইং। |

ঊিজপাম ওইহনবিএ। ১৩নি ইনপকৈলদা থিবাচৈশ্বগী শিকাক ১১০ থুংলেএ। ২০নি অগোমহৈনদা মহারাণী মার্শেন সাহেপ থুংলেএ। ২৬নি ইনপকৈশগা পৌযুমী সাক্লোপি হোএ। পাহ হুবিত গুড সাহেপ থুংলেএ। ২৮নি থাঙজা[1] বর সাহেপ থুংলেএ। তৈরাংবাও সাহেপনে, মোইরাং তোনজাংপে[2] মাইথ্যা ভাঁগ্রাপিৎনে ওমানা কোংপাল্দা পেরেঙ্গুংবে ৫দগী অতাংথংবা শিমানাগী মথৌদি তৈরৌগী লমদে হায়কুনা কক্লমএ ভিমতোন মরু অঁকুদা মনাচী মপান ১দা থাংবা হুকুমা থমখ্রে। মঙগাগী থিংলেন মনিংখেগী চিংহ্নম ২মগুং মৈতৈগী লমদে হায়মা থম্মএ। মাকদি অ লৈপাকপোকপনা[3] হুনে। মাইন্না মসা থিংলাওবু চৌংবী হাও পামো হায়কুনা পামহল্লে। মাইখৈ ৫০গী লমু ৪০ হাপএ। ২নি ইপণকৈশদা[4] মেনশিম বোর সাহেপকা[5] কোম্না আকপা পত্র কোবা বোর সাহেপকা[6] ২মা পাকনমচিংবা অফিসকী মাদোকী লগী থোংবী থবক পুরুক শিরমএ। ওনি শগোনসেন্দা[7] বোর সাহেপ ২মা

১। তাং ১৭। ১২। ১৮৯২ ইং।

২। মোইরাং তোনজাংও—A claim was made at the beginning of the year 1892 by the Tsawbwa of the Petty State of Thaungdut to the salt-well at Kongal thana, a post which, since the occupation of Manipur, had not been held by any force from this side Mr. Wingate, the Subdivisional officer of Paungbyn, was deputed by the Burma Administration to relay the boundary fixed by Colonel Johnstone's commission in 1882, and a Manipuri Official, named Moirang Tonjau, was sent by the Political Agent to meet him The result of the demarcation by the surveyor who accompanied Mr. Wingate was to show that the salt spring was well within Manipur territory, and the pillars set up by Colonel Johnstone having been opened out, the dispute may be said to be at an end.

Administration Report of the Manipur Political Agency for 1892—93 Page 1.

৩। তাং ২০। ১২। ১৮৯২ ইং। ৪। তাং ২১। ১২। ১৮৯২ ইং।

৫। মেক্সিম বোর সাহেপ—Major H. St. P. Maxwell, C. S. I., Political Agent in Manipur and superintendent of the state.

৬। পত্র কোবা বোর সাহেপ—Mr. A. Porteous. I. C. S.

বোর সাহেপ ২ শিরবা—

The office of Political Agent in Manipur and superintendent of the state was held by Major H. St. P. Maxwell, C. S. I. from

চুরাচান্দ মহারাজগী কোন্নুংদা চত্নুনা ঙিংথেমনচিংদা ময়াম্বুংশিং পুন্নমা শিন্নরকএ। ৪নি ঈরাইদা[1] ধর্মসেতু সেনাপতি শিএ। ৫নি থাওজদা হাঙবী থৌসাহেপ মরাং চঙখিএ। ৭নি নিংথৌকাবদা[2] থোইবাংথেমচা রামানন্দসিংহনা থোইবাংদা কুমজুমা কমান কাইএ। ৯নি ইমশকৈশদা সেথোর সেনাপতিনা থোর সাহেপকা উনৈএ। ১২নি ঈরাইদা থোর সাহেপ অবাংলম লোই থৌবা চৎলে। লমপুইং সেকপাও, উথ্রুল, হুইনিং হুন্দুং থুলেন, হুংবী, হুংহার, শিরোই, লাংদাং, কোমহাং অসি য়ৌএ। ৮নি শগোনসেন্দা শ্রীস্বরচন্দ্র সিংহ কোথা চীংলেন লান্নবদী কীর্ত্তন তৌএ। ২৫নি ঈরাইদা শন ১০০ মিনাম তৌএ। ইরোই ৮০নি চুথিং ৯নিদা লোইএ। ২৬নি ঈরাইদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি লংমাইথিংদা থোর সাহেপ চলৌ চৎনুবা থুংলৈএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা[3] লৈপাক্কী বিচার গারোংতা থোর সাহেপনা তৌএ। কাইরেন থা থাওজনা হল্লে। ৩নি নিংথৌকাবদা[4] কৌক্রদা ফিতৌ কৌএ। ১১নি থাওজদা কৌবা, কৌমু ২মা ফিতৌ কৌএ। অহু চুনিং লুপা ১দা শেল লথা ৩ য়ৌএ। ১৯নি লংমাইথিংদা লুশৈগী সেনাপতিনি হান্নচুনা গারোংদা ২ থুংলৈএ। থোর সাহেপকা উনৈএ। ২৩নি শগোনসেন্দা তোংথে মন্নিনলোমদা চৎখিএ। থোর সাহেপনা শগোল ২ পীখিএ। ২৫নি ঈরাইদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি লংমাইথিংদা তায়েমথমচা মিংতাংথা ১ থৌরি য়ান্দুনা শিএ। লমতা থা ঈরাইনা হল্লে। ২ থাওজদা হাঙবী থোর সাহেপনা চৈরাপ পঙ্কাই ২মদা কৌ পিথবু তৌবিগনো, থাজনা পুজগে হায়না হুদী অয়াম্বনা লাওববু য়াথিদে। ৫নি লৈপাকপোকপদা[5] থাদা থরাজবিচার চঙএ। ৬নি ইমশকৈশদা থবাঁথুম মথোন ৫ থোকমা ওইএ। কোইদমা চাওনা শাইএ। ১০নি লংমাইচিংদা মহাবলী ঠাকুরগী থুমোংদা চেকথাইএ। ১৭নি থাওজদা[6] লাইথুবা পণ্ডিৎ অচৌবা শিএ। অহু চুনিংবা

1st April to 22nd December 1892, when he proceeded on furlough, being relieved by Mr. Porteous I. C. S. who remained in charge up to the close of the year.

Administration Report of the Manipur Political Agency for 1892—93 Page 1·

১। তাং ২৩। ১২। ১৮৯২ ইং পৌষ ৯ ২। তাং ২৬। ১২। ১৮৯২ ইং।
৩। তাং ১৬। ১। ১৮৯৩ ইং। ৪। তাং ২৩। ১। ১৮৯৩ ইং।
৫। তাং ২১। ২। ১৮৯৩ ইং। ৬। তাং ৪। ৩। ১৮৯৩ ইং।

শাজকুরোই মী ১মী য়ুমদা থৌ লৈতনা ১০নি শুনা কমকুরোই হাক্রহুনা খয়েরেখিএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা[1] লেখিন ১১ মঙশাউবা অওজারু হাপএ। হুবানবা পুন্নমকী থিতাক ভৌহল্লে। ২২নি নিংথৌকাবদা থিবোট্রেক্ষেমোমগী শাজ্রবৈনা কৌবা সিকাই ৮০০ থুংলে। লাংথবানগী লেন্দা লৈহল্লে। ২৮নি লংমাইখিংদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইতা খা লৈপাকপোকপদা[2] হল্লে। ৩০নি শগোনসেন্দা[3] লাইখিক য়াংলে। তাদি মংগী নংগী অয়ুক্পদা লেম লৈবা পুখংলো, লেম লথা ১দা লুপা ১মী পৈশা পিগদি হাপএ। গাযোং অকিসতা পুখংলে। ১১নি ঈরাইদা থোং য়ান্না তাইএ। ইশিং য়ান্না চাওএ। ধুমপাংস্থু, কেজুপাংস্থু নমথাইএ। য়ুম কৈ য়ান্না শুমই। হুখিং ৭নি কৈথেল মুংলি। কাংজৈবুং মপানগী হুকানস্থু থুমএ। মহাবলি মখিং কাইহুনা মোইরাংথোমদগী হৌনা চিংতা কাওবা য়ুম থুমএ। শেগালম্বীগী মপাদা নমথাইহুনা কাককৈথেল, থাগেমপল্লি মশাং থুমএ। হরাং থাংগথাংকী[1] চিংথক্তা অতানবম মচা ১ লাইনা লৌহুনা শিএ। ইশিং চাইবগী ইংথোনস্থু হুপী ১ লাইনা লৌহুনা শিএ। থাশি ইমশকৈশদা[4] ইংতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শনম্থু মরাই তাহুনা য়ান্না শিএ। ইতা থাদি মলমাস ওই। ইতা খা অহানবদি শগোবসেন্না হল্লে। ৬নি পিংথৌকাবদা ইশিং অয়ুক চাওহুনা ৮নি ইমশকৈশদা কেজুখান্দা ইশিং তাতিন্দুনা কৈথেম অচৌবা অয়ুক থুমএ। য়ুমস্থু য়ান্না থুমএ। পাশিথোং, কোনা কোনচিন, মহাবলী মখিং নমথাইএ। লুয়াংইদা য়েমথোইবা ফুংনা ইয়াংশদা লাইনা লৌহুনা শিএ। ১১নি থাওজদা শ্রীচুরাচান্দ মহারাজ য়া হকচাং ঈএ। ১৮নি থাওজদা[5] চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মচা পাকাস্না শগোনহঞংবু শ্রীবামদা শিএ লাইখিক লাকএ। অয়ু দুমিত্তা মহারাজ মনিক হুংলেনথোম্বগী মচা য়া থাংগোকপগী মইমদা অহিংদা নিপা ৩০ মরুম চঙলকুনা মপু পুন্দুনা থম্রগা মপোং মচৈ তারুহন্দুনা ওয়না লৌথিএ। ২২নি শগোনসেন্দা বিলাং মহারাণীগী মচা লুহোংবগী হুখিং ৩নি মাপ তৌএ। তোপ ২৫রক কাপই। ২৪নি থাওজদা খামোম কমপুদা লৈবা থিয়ামগী থৌ পুককংথী ১ লাইরেমপাংতা লাইনা লৌহুনা শিএ। নোংযু য়ান্না চুইএ। ইশিং য়ান্না চাওই। য়ুমকৈ থাইনা

১। তাং ২।৫। ১৮৯৩ ইং। ২। তাং ১৩।৫। ১৮৯৩ ইং।
৩। তাং ১৮।৫। ১৮৯৩ ইং। ৪। তাং ১৪।৬। ১৮৯৩ ইং।
৫। তাং ১।৭। ১৮৯৩ ইং।

খুঁদবা ওয়া খুদএ। ইঙেন থা ঈরাইদা[1] হল্লে। ৩দি লংমাইজিংদা ইংচেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি ঈরাইদা[2] শেন লুপা ১দা শেন লথা ৫ কাইএ। খুং মোরোক য়াম্না তাংএ। কৌদি শংখাইদা লুপা ১ পীএ। ১৭নি লংমাই-জিংদা[3] মৈতৈনা পৈশা পাই চংতে হায়বদি কবিশীবো হায়দুনা কৈথেল্দা পাও চেল্লে। ১৯নি লৈপাকপোকপদা[4] নোংপোকলোমদা লৈবা চিংজরোই হাও ২৮২ হাংলে। থংম্বাপা খোংজাই ৩দি কাদোক্তা পীএ। ২৫নি নিং-থৌকাবদা মীচেং সাহেপ অয়াংলোমদা চৎলে। ২৭নি ইংশকৈশদা তোপ কয়পুদা লৈবা মৌনাও অপুং অদোনগী মুমদা অহিং মিপা ৪০ য়ম লাকুমা দুং তৌএ। অহুঁ হুমিত্তা সাহেপদু তুম্মুরোয় চৎলে। থবান থা থাঙজদা[5] হল্লে। ২নি লংমাইজিংদা লমখোং শন্দা লাইরিক য়াল্লে। হাদি মৈতৈনা ময়াংলেবা, ময়াংনা মৈতৈদা খোকলকপা তোংজৈ মখিমগী শোয়রোক য়পান্দা লৈবা হাওবু পোৎ পুনকরোইএ। সরকারগী বমবুলা পুমবা হাওদে অদুম হায়না য়াল্লে। ৫নি ইয়শকৈশদা কৈক্রুপান থিংবদা শোয়াইশয় য়ৎ ১ লাইনা লৌদুনা শিএ। ১৪নি থাঙজদা লখিপুর পকডিচারগী সাহেপ মতু মথাবু হাত্নুনা অহিংদা ময়ন মথুম লোই হায়দুনা হাংপা মী অহুগী মঙং মতৌ লাইরিক ইদুনা পিরকএ। অমা কৈথেল্দা ল্যাইদ্রিক য়াল্লে। ১৭নি লৈপাকপোকপদা[6] বরসাহেপ থুংলৈ। আইমোম, মোয়ে, মিখোং শন্দা পুলিস থানা কয়হল্লে। হন্নোক হনজিন ২১নিদা থুংলৈএ। ২০নি ঈরাইদা[7] থাইদিবা অতৌ হ্রবিদারদু থাজনা থিবা ওয়দদুনা কাদোক্তা পীএ। ২৩নি লংমাইজিংদা শকুংকমবা জুহার শাইরে হায়দুনা মোয় সাহেপ য়াওনা চৎদুনা মী য়াম্না কারকএ। খুন খুগাই হায়দুনা থা থোকএ। নিপা ৭ কাদোক্তা পীএ। লাংবন থা নিংথৌকাবনা[8] হল্লে। অহু হুমিত্তা হৈয়েল্দা লৈবা ওক্রেনবগী মতুবু হিজপনা লাইরে হায়দুনা হিজবদু হাংলে। ওক্রেনবদু খুমনা পুখৎলকএ। মোয় সাহেপনা মীহাৎ চুমদে হায়দুনা কাদোক্তা পীএ। ৬নি থাঙজদা[9] লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিত্তা থিংবা ম্যাল,

১। তাং ১৪।৭।১৮৯৩ ইং।
২। তাং ২৮।৭।১৮৯৩ ইং।
৩। তাং ৩০।৭।১৮৯৩ ইং।
৪। তাং ১।৮।১৮৯৩ ইং।
৫। তাং ১২।৮।১৮৯৩ ইং।
৬। তাং ২৯।৮।১৮৯৩ ইং।
৭। তাং ১।৯।১৮৯৩ ইং।
৮। তাং ১১।৯।১৮৯৩ ইং।
৯। তাং ১৬।৯।১৮৯৩ ইং।

মুমলেমবা অঙাংবোও মৈনম চিত্রসিং, থাহেংবা থবা ৪মা পি। মা থুজি থানেন চৎপা লমথাং থুংলং পীএ। থাইজিবা অংতৌবু থাজনা থিহনবা চৎলে। ৯মি লৈপাকপোকপদা কৈবুংদা লৈবা মরাংগী মুমদা তাকুনা পোং হুখি। মপুবু থাংনা য়ামমএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা শাঁগ্রমৈনা লিকাই সাহেপ ৩গা অবাংলম চংখিএ। যেগামী ১৮০ পীখিএ। ১৭নি ইমশকৈশদা[1] কুলচন্দ্র মহারাজনা যুবরাজ ওটখিবৈনা শানবা মিহুথোংবু ১বক পেমএ। ১৮মি শগোনসেন্দা মহাবলীগী কুমা পেমএ। ১৯মি ঈরাইদা[2] কৈথেল হুপীনা পৈশা, পাই চংশু য়াদে হায়হুনা পাও চেল্লে। অতৌ সেনাপতিবু মমাওঙৈবু ওইরবনি ঘৌজিকম্বু ওইগ্নো হায়হুনা বর সাহেপদা থোখিএ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা থাইদিবা অতৌ থবক তমদে হায়হুনা কানোক পিববু থাদোক্নুনা অমুক তৌহল্লে। ২৫নি শগোনসেন্দা[3] মৈতৈগী হাওবু মু তংগম্ব হায়হুনা লাইথিক য়ামে। মেমা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২নি ঈরাইদা[4] অশাংবম ইরেম কুল্লে। ৮নি ইমশকৈশদা নিংথেমগী মমাখিঙা ময়াম্বুং, মপু মোইরাং নিংথৌ অসিনা কম হাপদি য়াবোই হায়হুনা কৈথেল ৪মদা লাইথিক য়ামে। মমাওঙৈবগী তৌরম্বা কাক তানবা তোকদো হায়হুনা তৌএ। ২৬নি থাওজদ[5] কোনোক থিংলেন থিংএ। অহু হুমিডা তেবা কৈথেলদা চবুক্কম হুপী ১ থৌদি য়াম্নুনা পিএ। হিয়াংদে থা শগোনসেনা[6] হল্লে। ময়াংলম্বমচা পুর্ণসিংবু স্কুল মাষ্টার ওইহনুনা মৈতৈ মচানিংথু লাইথিক তমহল্লে। ৭মি ইমশকৈশদা[7] হিয়াংলেগী সংক্রান্তি হেৎএ। অহু হুমিডা মৈতৈ মচানা লৌ মিনবা, ইংথোম চোংথোকপমু দমপান্থ থাহল্লে। ১০নি লংমাইজিংদা বোর সাহেপনা অবাংলম হাও হাংদবগী বিচার তৌবা চৎলে। ১৮নি লংমাইজিংদা[8] মিহুথোং কৈথেমম্বুং মহুংদা কাহল্লে। ২৪নি থাওজা[9] জর্ণেন সাহেপ ১ থুংলৈএ। পোমম্বু থাদি থাওজনা বল্লে। ৭মি ঈরাইদা পোয়মুগী সংক্রান্তি হৌএ। ১১মি লৈপাকপোকপদা[10] শবেং অচৌবা ২ চিক্কুনা ২মা শিথিরৈএ। লৈপাক পুমমক্তা লাইনি চায়মা য়েংএ। ২৩দি

১। তাং ২৭ । ৯ । ১৮৯৩ ইং ।
২। তাং ২৯ । ৯ । ১৮৯৩ ইং ।
৩। তাং ৫ । ১০ । ১৮৯৩ ইং ।
৪। তাং ১১ । ১০ । ১৮৯৩ ইং ।
৫। তাং ২১ । ১০ । ১৮৯৩ ইং ।
৬। তাং ৯ । ১১ । ১৮৯৩ ইং ।
৭। তাং ১৫ । ১১ । ১৮৯৩ ইং ।
৮। তাং ২৩ । ১১ । ১৮৯৩ ইং ।
৯। তাং ২ । ১২ । ১৮৯৩ ইং ।
১০। তাং ১৯ । ১২ । ১৮৯৩ ইং ।

থোকএ। বাই মকম চাওএ। ২২নি ঊয়াইদা নিংথেমগী শলাই চাক শিজংবদা লুরাং শলাইগী চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাকথক্তা অশাংথম কাম্নবগী কুমী ওইহনবসু চুনাচান্দ মহারাজগী হাকথক্তা অশাংবম মুংলে হায়বসু কহিমলো হায়না মবুথৌ ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ, বাংথৈ পণ্ডিৎ, মাইবা লোইশঙ মাওমা স্না পুন্না কাকুনা য়েংবদা মুংলে হায়বদি লৈতে হায়দুনা অশাংবা পণ্ডিৎকী মচা কমলানন্দনা শলাই চাক চাখিএ। ২৭নি ইমশকৈশদা কালোক্তগী চোংথা হাংপা থাকমথা চেনখিএ। কালেন থা নোংমাইজিংনা হয়ে। ২নি নিংথৌকাবদা[1] থামাচরন বাবু মন্ত্রু মচা লোয়নদা ময়াং চঙখিএ। ওতো সাহেপনা হাওবসু পুন্না কোমপাক শিন্দুনা মরেংবান্দা য়ানহয়ে। চৌকিদারদি মখুাংদা পুনলে। ইঙা থা নিংথৌকাবনা[2] হয়ে। কৈথেলগী অয়াং থংবদা পুথি ১ তৌএ। ১১নি ঊয়াইদা[3] পুলিসকী থবক তৌবা খুমন জুবিদার ফাদোক্ত পীএ। ১৩নি থাঙজদা খুবাই, বাংথৈ, খুাই, বাইমুল লৈকাই ৪মগী খুম পুন্নমাদা চঙদুনা তুবোম শেলুংবনা মীকোক লাইরিক ইবা হৌএ। ২৯নি নিংথৌকাবদ[4] মেমসিন সাহেপ ১মক থোবকএ। বোম সাহেপ ২বগলি তৌএ। ইঙেন থা ইমশকৈশনা হয়ে। অন্থু হুমিত্তা পত্র সাহেপ ময়াংদগী থুংলৈএ। ২নি শগোনসেন্দা[5] স্না তোম্বীবু বম সাহেপনা উত্রাদা পুশিনখিএ। ৫নি থাঙজদা[6] য়েনখোইবা মেজোর শিএ। মহৎ খুংলেমথা অঙাংজাওবু হাপএ। খুংলেমবগী মহৎতি মোইরাং তোনজাওনা তৌএ। ২৩নি শগোন-সেন্দা নাহাকপ কমপুদা লৈবা থোকচোম মচা ১ ইশিংদা শিএ। ২৫নি থাঙজদা ওতো সাহেপনা গারোংতা কমচুমা হবামবগী বিচার তৌএ। থবান থা শগোনসেন্না হয়ে। ৩নি থাঙজদা বম সাহেপ অয়াংলম চংখিএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা পুলিসনা থৌবাল কিয়ামদা মী কাগে তারবদা থিজুজম মচা ১ ঈশিংদা চোংথদুনা শিএ। খুম অহুদা লুপা ৫০ লৌএ। ৯নি ঊয়াইদা বম সাহেপ খুংলৈএ। ১৫নি শগোনসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থা ঊয়াইনা[7] হয়ে। ৮নি ঊয়াইদা[8] বম সাহেপনা পামা ৪গী লাকপা ৪ হাপএ। লাইকমদা নিংথেমগী ময়াপুং অহল হাপএ। থাকমদা থাইদিবা

১। তাং ৭।৫।১৮৭৪ ইং। ২। তাং ৪।৬।১৮৮৪ ইং।
৩। তাং ১৫।৬। ১২৭৪ ইং। ৪। তাং ২।৭।১৮৭৪ ইং।
৫। তাং ৫।৭।১৮৭৪ ইং। ৬। তাং ৭।১২।১৮৭৪ ইং আষাঢ় ২৪।
৭। তাং ৩১।৮।১৮৭৬ ইং। ৮। তাং ৭।৯।১৮৭৪ ইং।

অহাং মচাবু হাপএ। মাহাক্তা অনৈবা গুলাপসিং হাপএ। অহল্লুগা মোংমাইথেম্বা কালি হাপএ। লাইকম মুহোরী অধিকারীময়ুম লালা, থাকমী লাইরিক মেংবা মিংথৌজাও, অহল্লুপকী মুহোবী হাওবোকচম অজোনবা, মাহাক্পকী মথোম পূর্ণোসিং অসি হাপএ। লৌ, ইংথোমগী থাজমাবু লাকপা ৪গী মথুম্বা থিএ। অহুগী কুমদা লৌ পুম্নমকপু উতোং শাৎলে। ১২নি লৈপাকপোকপদা মোংথোনবম অকোম লবাই তাবা ১ নোংথোনবম উথোপ ১ অসি নিংথৌ শাগে ওইখিএ। ২৬নি ঈবাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি থৌএ। অহু হুমিত্তা থামোনগী মাংই মাংলে কায়হুমা থোর সাহেপনা তৌনৌও হায়দোকএ। হায়গী বতোনম্ কোয়গী বতোনম্বং নিংথেমগী মমাঙু অহুমা হায়এ। লৈপাকী অভয়শিংম্ ঠাকুরশিংম্ তাখিও নমাই ঐনা হায়জবদি থোর সাহেপনা ভিয়ৌ হায়বম্ লৈতে। ইবুধৌ মহীবু মাংই হাবহুনা শেংদোকপা ঠাকুরশিংদো ঐগা ভিন্নজাগে হায়রবদা মধুধৌ খুইরাকপমা হায়এ। অহুদি য়ায়া কবে শ্রীগোবিন্দগী মমাঙদা লোইনবে হায়এ। লৈপাক অয়ামনা কবে চায়হুনা লোইনখিয়ে। ১৬নি নোংমাই-জিংদা[1] শ্রীগোবিন্দগী মমাঙদা অঙবা পুম্নমক হবিধ্বনি তৌরে। থামোনশিংদি য়াওদে। ১৭নি নিংথৌকাবদা থুমগোং দিলায় তৌএ। ২৪নি লংমাইজিংদা থা কৈথেল্দা হুগীমচা পোকএ। অহাং কৈথেল্দা হুংবা হুংম্ থা কৈথেলগী থাজবাৎ মপান্দা হুংএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা তজো সাহেপ থুংলৈএ। পশ্চিমাগী পণ্ডিৎনা থুংগাইদা গ্রহণ তৌগনি হায়রবু (মণিপুরগী) মৈতৈগী পাজিনা তৌরোই হায়, তৌখিদে। মেরা থা নোংমাইজিংদা[2] হরে। ১৩নি নিংথৌকাবদা লাকপা ৪মকী মথুম্বা থাজমা থাইথোক ১ থিহরে। লাইকমগী থাজনা খিনবা থৌবান্দা, থাকমগী ইরিমপুংদা, অহল্লুপকী লমাংদোংদা, মাহাক্পকী লমথাংদা শাই। খুইরাকপা চাওবু লৈকাই ৪মকী শনকোক ইহরে। শর ১দা পৈশা ২ লৌএ। ১৮নি ইমশকৈশদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। থোর সাহেপ অহালেম চৎলুবা থুংলৈ। হিয়াঙ্কৈ থা নিংথৌকাবদা[3] হরে। ৩রি ইমলকৈলদা চক্রথোংদো কমুয়া খি য়োনবদা হাংলে হায়হুনা থাজেনবা চাওবু পুথৎলকএ। ভয়া কাদোক্তা শীএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা[4]

১। তাং ১৬।৯।১৮৭৪ ইং। ২। তাং ৩০।৯।১৮৭৪ ইং।

৩। তাং ২৯।১০।১৮৭৪ ইং।

৪। তাং ৩।১১।১৮৭৪ ইং।

শ্রীনরসিং মহারাজগী মচা ইবুংতো রাইহুল[১] লাকপবু সাহেপনা দত্তি তৌদুনা হাজারীবাগতা থম্নগী থাদোকুনা থুংলে। ১৪মি মিংথৌকাবদা সাহেপ অবাংলম চংদুনা থুংলে। ১৬মি ঈপাঈপা[২] হিয়াংকৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়ম্বু থা শগোনসেন্না হল্লে। ৫নি লংমাইজিংদা তোংলে মরিন্না কর্ণেল সাহেপ থুংলে। ৮মি ইমশকৈশদা[৩] কর্ণেল সাহেপ বোয় সাহেপ ২মমা উত্রা মাতদা নিংথেম কৌশিন্দুনা লোয়বায় তৌএ। শিংথেমবু সাহেপনা চাল্লে। ৯নি ইমশকৈশদা কর্ণেল সাহেপ অবাংলম চংখিএ। ১৫মি ইমশকৈশদা[৪] বোয় সাহেপনা লৈকাই ৪মগী লম্বী থোং মৈজ্রা মিংলাওবু শেমহল্লে। ১১মি থাওজদা হাহেংবা থাবা হাকিমগী মুমদা নিপা ৫০ মরুম্না মপোং মচৈ পুখিএ। মপুমি লৈবিরমএ। অদু মুমিত্তা দাকপানা মুংলেপ্না পাওনা, হাকমবা অদি ফাহুনা হংবদা হুই হায়না য়ারে। মান রুপা ৬০০ কীনে, হবা মীমি কাদোক্তা পীএ। ১২নি লংমাইজিংদা কোয়ুংদা লৈবম্বা সাহেপ পুম্না অবাংলম চংখিএ। সিকাই থবা লৈহৌএ। ১৭নি শগোনসেন্না পোয়মুগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি থাওজদা সাহেপ ২ শিকাই ৪০ পা থুংলে। কর্ণেল সাহেপকী মচু ফাংওবম চম্বু মিকোইবু চওদকও হায়দুনা অবাংলমদা চংখিএ। ২৬নি থাওজদা মাইমিথোক্তা লেম য়াম্না তাই। কৌ মরোং থৈথৈ। কৌ যাম্না মাওএ। ২৭নি লংমাইজিংদা চক্রথোংদা থা ৩ কুনা মুন্ ভংক্রববু লোংথোমবা, ফুলোনা মিলাম ওক্কুনা ১লক্ষ তাংএ। অদু মুমিত্তা মিংচেন ওক্কমবগী মুমদা অহিং পোং থোমখিএ। য়েনখুমাকপগী মুক্তি ম্রামা শাববু হুখিএ। বাকচিং থা ঈবাইনা[৫] হল্লে। ১৩মি ইমশকৈশদা গুতো সাহেপ অবাং লমদগী থুংলে।

---

১। রাইহুল লাকপা—বরাচাওবা

In September the detenus, Bara Chaoba, with his son Senahal Singh, and brother Megzim Singh, who had since 1886 been in exile at Hazaribagh for an attempt to contest the Manipur Gaddi with the late Maharaja Surchandra Singh, were permitted to return to the state

Administration Report of the Political Agency, Manipur, for the year 1894—95 Page 13

২। তাং ১৬। ১১। ১৮৯৪ ইং।

৩। তাং ৫। ১২। ১৮৯৪ ইং।

৪। তাং ১২। ১২। ১৮৯৪ ইং।

৫। তাং ২০। ১২। ১৮৯৪ ইং।

সেকথাই খোথল সিংহগী কুম শক ১৮১৭ —১৯নি থাঙজমা[১] শজিবুগী পালোক ওই। অমু হুমিত্তা নবুল যপাব্দা ওইনাম মচা ১ থৌখ্রি মান্দুনা শিএ। ২৫নি ঊরাইদা[২] থক্সংপাংম্ব সবকাবনা থোং শাই। কালেন থা ঊরাইদা কল্লে। অমু হুমিত্তা থা কৈথেল্দা ইরোম মচা ১ থৌখ্রি মান্দুনা শিএ। ৭নি ইয়ুশ-কৈশদা মুহারাইএ। ২০নি নিংথৌকাবদা কোং কৈথেল্দা থাংজম মিপা ১ ইশিংদা শিএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি চোএ। কোং কৈথেলগী থোং শাবদা থাংথৈ ১ পেতি জাত্রা ১—২মা শিএ। ইঙা থা থাঙজমা হল্লে। ৩নি নিংথৌকাবক্ত[৩] কোং মান্না চুইএ। ইশিং মান্না চাওই। তুরেল মান্না চাউএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা[৪] বর সাহেপকা মা তোম্বীগী তি তোংহৃমা মোইরাং কুমএ। ৬নি শগোনসেন্দা ভক্তে সাহেপ থুংলৈএ। অমু হুমিত্তা বাহেংবমচা বাবু থাইজিবা হাকিম ২মা থবক কচ্ছে চায়হুনা কাদোক্তা শীএ। ১১নি নিংথৌকাবদা বর সাহেপ থুংলৈএ। ১৫নি ঊরাইদা বাহেংবগী মহুৎ অথা নিংথৌবু হাপএ ১৮নি নিংথৌকাবদা[৫] বর সাহেপমা বিলাং মহারাণীগী হুকুমনি ব্রাহ্মন, ক্ষত্রি বৈশ্য, শুদ্র মংগী মংগী থাংকী ধর্ম্মবু কাইদনা ঐমা তাকনি হায়না লাইরিক য়ারি। ১মুং লাইথুং থুংবা মরম পুম্নমক সবকারবা য়েংগনি অনাশংদা কারকউ হায়এ। ২২নি ঊরাইদা[৬] কওেনগী সংক্রান্তি চোএ। অমু হুমিত্তা অরাং শওবু থোং য়োংজিন্না শাই। কওেন থা মোংমাইতিংনা কল্লে। ১৬নি নিংথৌকাবদা সুরচন্দ্র মহারাজগী কীর্ত্তোম তোএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা[৭] শ্রীযুৎ মহারাজ চহি ১১ শুথদা শুতোং সাহেপকা মরাং চঙখিএ শ্রীবিষ্ণু, মরাঙ্কু মচা, মবুথৌ ইম্বুংতো মোইরাং নিংথৌ, থামোম পুশিং, মুন্না তেমশুহনবা অসিমচিংনা আজমেরী লেংএ। থবান থা লৈপাকপোকপমা হল্লে। ৪নি থাঙজদ[৮] থাদা থবান মিচাক চঙএ। ৬নি নিংথৌকাবদা[৯] ইশিং মান্না চাওএ। তুরেল পান্না মহাবলী মনিং, মিয়ুথোং কাইএ। থোর সাহেপনা লাইরিক পিরক্তুনা লৈকয়, লৈকমদা মী ৩০০। ৩০০ না থিংকলো হায়এ। ৮নি ইয়ুশকৈশদা

---

১। তাং ১৩।৪।১৮৩৫ ইং।
২। তাং ১৯।৪।১৮৩৫ ইং।
৩। তাং ২৭।৫।১৮৩৫ ইং।
৪। তাং ২৮।৫।১৮৩৫ ইং।
৫। তাং ১০।৬।১৮৩৫ ইং।
৬। তাং ১৪।৬।১৮৩৫ ইং।
৭। তাং ১২।৭।১৮৩৫ ইং।
৮। তাং ২৪।৮।১৮৩৫ ইং।
৯। তাং ২৬।৮।১৮৩৫ ইং।

খোরিথুন লৈরিক্তাওবগী কুম শক ১৮১৮ – ৩০নি নিংথৌকাবদা শজিবুগী পাজোক ওই। কালেন থা লৈপাকপোকপমা[১] হল্লে। ১০নি শগোলসেন্দা[২] বাযোম অহি অমৌ থংনবৃ বোর সাহেবপ' চৈরাঙ্গা হায়লোক্লুমা থিচাম তৌহুনা ভিল্লহল্লে। অহু হুমিক্তা কাবুল ১ মোইরাংখোমগী তুরেল্দা শিরমঙ্ বাখোকএ। ২৫নি শগোলশেন্দা হেজোংয়াংদা থাংজমচা ১ থৌমি থান্নুনা শিএ। অহু হুমিক্তা সাহেপ ১ শিহ্নমা মপোৎ মচৈ নিলাম তৌএ। ইতা থা ইমশকৈশনা[৩] হল্লে। মলমাস ওইএ। পুকচণ্ড্রমা মী মান্না শিএ। ৮নি ইমশকৈশদা থাগেমপল্লিদা চবুংথম শিগা ১ থৌমি থান্দুনা শিএ। ১২নি লংমাইজিংদা হুংথিন্দা লৈচিল মম্মা থাইএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা সিকাই মান্না পুকচণ্ড্রনা শিএ। কুম অহু চাক মান্না তাংএ। ইতা থা ঈরাইমা হল্লে। মলমাস লোম্মে। ১৭নি শগোলশেন্দা নরসিং মহাবাজগী মচা অঙৌ সেনাপতি পুকচণ্ড্রনা শিএ। গুরুমযুম বেথমাকাবী পুকচণ্ড্রমা শিএ। কুম তাংএ। মবুথৌ মোইরাং নিংথৌনা লৈপাক মাণবা তাবে চাক্কহ্নমা মাইথা শণ্ডেন্দা মোং চুনবা থৌ তৌহল্লে। অহিং অহু নোং মান্না চুইএ। ২৩নি ঈরাইদা[৪] ক্ষা-মহীগী কুবা মমুংদা শণ্ডম তৌহ্নমা লুপা হুথিএ। কৌ শংবাই ১দা লুপা ৩ পীএ। ইতেন থা থাওজনা[৫] হল্লে। ৬নি শগোলসেন্দা কৌ শণ্ডবাই ১গী মমল লুপা ৫ কতএ। বোর সাহেপমা জগনাথগী কাং চিংথবা লুপা ১০০ কংলে। পুকচণ্ড্রনা মী শিহ্নম্ তোক্কএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা মুন্ডা তেনণ্ডহনবা থুংলৈএ। থবান থা নিংথৌকাবমা[৬] হল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদা স্বনামিথা চৌধুরীগা মৈতৈগী চাল-থক্কবা অপোম-অমা পুন্নক্কা চেং যেনথিএ। লোংমদা মীশিংদি ৪০০। ৫০০ ওইএ। কৌ শংবাইদা লুপা ৪ থৌএ। লাংবন থা লৈপাকপোকপমা[৭] হল্লে। মেরা থা ইমশকৈশমা[৮] হল্লে। ৭নি লৈপাকপোকপদা বোর সাহেপ মমা চঙথিএ। ১০ ঈরাইদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি লংমাইজিংদা বোর সাহেপ থুংলৈএ। হিয়াঙৈ থা ঈরাইমা[৯] হল্লে। ৬নি লৈপাকপোকপদা কৈথুহাওনজিংথা থুন

১। তাং ১৪।৪।১৮৯৬ ইং।
২। তাং ২৩।৫।১৮৯৬ ইং।
৩। তাং ১৩।৫।১৮৯৬ ইং।
৪। তাং ৬।৭।১৮৯৬ ইং।
৫। তাং ১১।৭।১৮৯৬ ইং।
৬। তাং ১০।৮।১৮৯৬ ইং।
৭। তাং ৮।৯।১৮৯৬ ইং।
৮। তাং ৭।১০।১৮৯৬ ইং।
৯। তাং ৬।১১।১৮৯৬ ইং।

মিংথৌকাবদা[1] মরাংদগী গোমাই ২ থোরকএ। থুম ১দা নৈপা ৪।৪ লৌখিএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা নিংথৌজাম্বা চাওজন হূমকাল লাকপা হাপএ। অতোম মিংথৌগী মচু চিংজাথম চদ্ থুমাইনেমা পিএ। থাক্রমবা থোংমদু শক্তি থোংএ। ২৬নি ইমশকৈশদা[2] বোর সাহেপ গারোংতা কমহুনা পথিং কৌপিন্নুনা চৈথারোল কুম্বাবা অসিবু নিংথৌ কনাবা লিংলম্বগী চংএ। কিয়াম্বদগী ইবমএ, হৌবদি পাথ'বদগী হৌএ, থুংএ। ২৯নি থাংজদা[3] শক্তিজা থলামখিচাক ১ চঙএ। মেমা থাদি মিংথৌকাবনা[4] হূরে। অহিং অহ্ চৈরাওবা শঙম তৌখিএ। ৮নি নোংমাইজিংদা বোর সাহেপ ইরিলপুং থোং মেংবা চংলে। ১০নি লৈপাকপোকপদা[5] কামজিদা ঈ তাইএ। ১৩নি ইরাইদা[6] মিংথৌমা লাংপা লাই পাখংবা লাইমাখিদা লৈহবু ময়া শিজনা পুখংকে হায়হুনা শঙ শাইএ। ১৫নি মোংমাইজিংদা[7] বোর সাহেপ কৌক্রমদা চংলে। কৌক্র শম মরুম শাখা য়ৌকইএ। ২১নি মোংমাইজিংদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। বোর সাহেপনু থুংলৈএ। তখেন মরাংদা চেং পুশিনবা তৌকমোই হায়এ। ২৮নি মোংমাইজিংদা বোর সাহেপ কাংচুপ চংলে। ২৯নি নিংথৌকাবদা নোংতাঞমদাইদা হুতারাইএ। হিয়াংগী থাদি লৈপাক-পোকপদা[8] হুরে। ২নি ইমশকৈশদা বোর সাহেপ থুংলৈএ। ৫নি থাংজদা[9] মরাই লম্বী লোরোক কপবা লেমএ। লৈশাং হিদেম্বা লৌ ঊইএ। অরুম থুলাইমা মী য়ারা পিএ। বোর সাহেপনা হূম-দৈ চাকপা, অতাং ইশিংদা শিবা থুপা লৌকমোই হায়লোকএ। ১৯নি ইমশকৈশদা মৈথৈগী থুমকোক ইএ। অহ্ হূমিন্তা কর্ণেল সাহেপ কুমহুনা উচেক কাপএ। ১১নিদা হলকুএ। ১১নি থাংজদা লৈকাই ৪মদা লৌ ওনগনি হায়হুনা লাইথিক থারে। লৌ ওনবা মীদা থুপা পিজকমোই হায়এ। ২১নি নিংথৌকাবদা[10] হিয়াংগী সংক্রান্তি হৌএ। শ্রীগোবিন্দজী দলান মা থুপ্পা পিদোকএ।

---

১। তাং ৬।৯।১৮৯৭ ইং। ২। তাং ২২।৯।১৮৯৭ ইং।
৩। তাং ২৫।৯।১৮৯৭ ইং। ৪। তাং ২৭।৯।১৮৯৭ ইং।
৫। তাং ৫।১০।১৮৯৭ ইং। ৬। তাং ৮।১০।১৮৯৭ ইং।
৭। তাং ১০।১০।১৮৯৭ ইং।
৮। তাং ২৬।১০।১৮৯৭ ইং।
৯। তাং ৩০।১০।১৮৯৭ ইং।
১০। তাং ১৫।১১।১৮৯৭ ইং।

পোয়ায় থাদি শগোলসেনা হল্লে। ২নি ঈরাইদা[1] মীচেল সাহেব, অহোব খুমকমদা যাজাদা শাই। ৬নি লৈপাক্‌পোকপদা লৈকাই ওমা ইংখোল ওল্লে। ৯নি শগোলসেন্দা মাহারুক লাকপ. কুলাপসিংবু থবক লৈহে হায়দুনা কাংলোক্তা পীএ। মিয়াং থা ৬নি। ১৮নি লোংমাইজিংদা[2] লৌ ইংখোলশী থাজনা থিও হায়দুনা লাইরিক থাল্লে। ২১নি ইমশকৈশদা পোয়রুপী সংক্রান্তি হৌএ। থাজামাদি ইমকায়া ইমকান্দা. লৌবাইনা লৌবাইদা থিও হায়লোকএ। ২২নি শগোলসেন্দা[3] মাইব্যা মেজোরমা[4] অবাক্লম সাহেপ ওকপা চৎলে। থাদি শগোমসেন্দা জর্বেল সাহেপ সিকাইগা লোয়নমা খুংলৈ। তোপ ১৯ লক কাপএ। থাকচিং থা ঈমাইনা হল্লে। ২নি থাওজদা[5] শ্রীমহাশিজ মোইরাং নিংথৌ ২মনা বোর সাহেপতা হায়দুনা শ্রীগোবিন্দ. বিজয় গোবিন্দ, নিত্যাইনন্দ, অদ্বৈত, বৃন্দাবোনচন্দ্র, রামচন্দ্র, মহাবলী ঠাকুর লাই ৭ অসি লৌ শবি ৬। ৭ ইংখোনশী থাজনা অসিনগা লৌবিগদো হায়এ। বোর সাহেপনা কোকপীখিএ। উহৎ লাইশু কোকপীখিএ। ১৫নি ঈমাইদা[6] থা লানা কংএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা জর্বেল সাহেপ অবাংলম চৎখিএ। সিকাই ২৫ রাও থএ। ২০নি শগোলসেন্দা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিৎ বর সাহেপ অবাংলমদা কমেশোন সাহেপ ওকপা চৎলে। থাদি লোং থাওজদ[7] হুমিৎ শানা কংএ। কাইরেন থা লংমাইজিংদা হল্লে। ৫নি শগোমসেন্দা[8] চিফ কমেশোন[9] খুংলৈএ। লৈপাক পুম্মা শনাম তৌদুনা ওকএ। তোপ ১৩ লক কাপএ। ৬নি ঈরাইদা কমেশোন সাহেপনা অফিস পুম্মা য়েংএ। ১১নি ইমশকৈশদা কমেশোন অবাংলম চৎখিএ। তোপ ১৩লক কাপএ। বোর সাহেপ.শু থিনবা চৎলে। অহু হুমিৎ শাংগৈদা কৈ ১ কায়এ। লমতা থা নিংথৌকাবনা[10] হল্লে। ২৫নি শগোলসেন্দা[11] কৌক্রুঙী নিংথৌচম মচা খুমচাওনা কৈ ১ কাবকদুনা সাহেপনা লুপা ৫ পীবিএ।

---

১। তাং ২৬। ১১। ১৮৯৭।
২। তাং ২৫। ১২। ১৮৯৭ ইং।
৩। তাং ১৬। ১২। ১৮৯৭ ইং
৪। মাইব্যা মেজোর—মাইব্যা তায়েলিংহ।
৫। তাং ২৫। ১২। ১৮৯৭ ইং।
৬। তাং ৭। ১। ১৮৯৮ ইং চন্দ্রগ্রহণ।
৭। তাং ২২। ১। ১৮৯৮ ইং।
৮। তাং ২৭। ১। ১৮৯৮ ইং।
৯। চিফ কমিশোন—আসামগী চীফ কমিশনার স্যার হেংরি কটন।
১০। তাং ২১। ২। ১৮৯৮ ইং।
১১। তাং ১৭। ৩। ১৮৯৮ ইং।

নজিবু খাঁ কুমণকৈশদা[১] হুরে। ১০নি নগোনসেনা পত্র সাহেবকা হাওবৈ চৈতেন্য সিংগা মৈতৈ লাইহিক থিগৎলে। ২১নি লৈপাকপোকপদা[২] বিবুক সংক্রান্তি ওইএ। সেকমাই লবগী কুম শক ১৮২০—২১নি ইমণকৈশদগী নজিবুগী পালোক ওই। অহিং অছু নজাইশেন পাইএ। ২৪নি ঈরাইদা বাহেনম চন্দ্রানন লাইহিক হায়বা পিএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা হুহানাইএ। কালেন খা নগোনসেনা[৩] হুরে। মৈতৈ লমহন থুংবন্তু থাং থাহনা লৌথোকএ। পিরে। ৩নি ইমণকৈশদা[৪] মবুথৌ ইকুস্তো মোইরাং মিংথৌনা মৈতৈ লৈপাকী উমং লাই হকাওবা লেপপ্রবু বড সাহেবনা হায়দোকুনা মমাঙৈগী মতৌ ওন্না হুরাওহরে। ৮নি ঈরাইদা[৫] নিংথেম পুখ্রি অমনবু বোর সাহেবনা হায়-দোকুনা খুরাই, বাংথৈ লৈকাই ২মবু শেংহল্লে। বোর সাহেবনা মিংথৌ কনানা তৌহনাইহওএ। পণ্ডিৎশিংনা মবুথৌ ইবুংগো গম্ভিরসিংহ না হাকথক্তা চৈথাবা য়েনকোকপা লেংগমগী কুম শক ১৬৪৮ দা তৌবনি খুমএ। মেবা থাদগী নোং চুদবনা ইশিং স্নায়া তাংএ। ১৪নি নগোনসেনা অথা হাকিমনা পেন চানবএ হায়দুনা খা ৬ কাদোক পীএ। ১৫নি ঈরাইদা পুক বান্না চংলে। ২৫নি ইমণকৈশদা কাংহনাহ্না উবোপনা অথাগী মচৎ ওইএ। ইমা খা থাওজদা[৬] হুরে। ১৮নি লৈপাকপোকপদা[৭] নবাব পণ্ডিৎ বুগোলসিং পিএ। ২৮নি ঈরাইদা মোইরাং তোঙ্গাওনা সুরচন্দ্রসিং মহারাজগী মচা ওন্নীন্না পুশিনখিএ। ইশিং ক্নায় তাংএ। ইচেন থাদি লৈপাকপোকপনা হুরে। চৈরাপকী ইংগোশিং, মবুথৌ মোইরাং খিংবৌ, অচোম নিংথৌ, নিংথৌকাম্বা মাহারুপ লাকপা, মবুংবা ইবুংগো না মন্ত্রীনচিংবা পুন্নমনা তাংবিন্নং, শরাং ২মবু কৌহনা হায়এ। থাইনা লৈপাক নিংথৌ কমিতৈ মাইবা পণ্ডিৎনা থৌদৌকপা নোং চুইএ। হৌজিকসু নোং চুববা থৌ তৌও হায়। পণ্ডিৎশিংনা খুমএ। মনাই ঐথোম হৈবা পিংবা ওমদে। থৌজম্নবা পুন্নমা মহুংদা লৈরে হায়না খুমএ। হৌজিক্কি চওবা য়ামহোই হায়না খুমে। মপান্দা তৌ হায়না তৌহরে। ৩নি ইমণকৈশদা চৈরাপনা লৈকাই ৪মদা হৈথেন কারকপদগী পেন থাইহনা লৈপাকীদমকনে হায়দুনা মাইবদা পিকি ৫ পীএ। অহুনা

১। তাং ২৩। ৩। ১৮২৮ ইং। ২। তাং ১২। ৪। ১৮২৮ ইং চৈরাওবা।
৩। তাং ২১। ৪। ১৮২৮ ইং। ৪। তাং ২৭। ৪। ১৮২৮ ইং।
৫। তাং ২১। ৪। ১৮২৮ ইং। ৬। তাং ২১। ৫। ১৮২৮ ইং।
৭। তাং ৭। ৬। ১৮২৮ ইং।

লাইথ্রমএ। ৭নি লংমাইজিংদা বোর সাহেপ মচুগা লোয়ননা থুংলেএ। মেমদি পুকচল্লা শিএ। বোর সাহেপনা ঐজি মৈতৈদা থবক তৌহনোই হায়দুনা ভেলিগ্রাম তৌখিএ। ২১নি থাঙজদা[1] ষ্টং সাহেপ থুংলে। হায়রী বোর সাহেপ চংখিএ। ইচেন থা নিংথৌকাবনা[2] হল্লে। ১৪নি লংমাইজিংদা[3] শ্রীযুৎ মহারাজগী মমাসিজ, মচামুংহন, মচুথৌ মোইরাং নিংথৌ অসিনা শ্রীযুৎ মপা ইবুংঙোগী ক্রুতোন তৌএ। থবাম থাদি লৈপাকপোকপনা[4] হল্লে। ২নি ইমশকৈশদা মুত্তারাইএ। ১১নি নিংথৌকাবদা চিংখোংদা লৈবা সরকারগী সিকাই পুকচল্লা অৱাংলমলাই ইৱেন্দা চেল্লে। ২৬নি থাঙজদা[5] অচোয় মিংথৌ শিএ। লাংবন থা ঈরাইনা হল্লে। ৭নি নিংথৌকাবদা নোং রাম্না চুইএ। ইশিং রাম্না চাওএ। ১৬নি থাঙজদা শরাং পণ্ডিৎ মচা থৌবু মপাগী মকম হাপএ। ২২নি ঈরাইদা রাইথৌগী লোইদা চুই ২ চঙএ। লাংবন থাদি মলমাস ওইএ। মাকথানা চত্নবা লৈকাই ৮মাগী শিবা মীশিং থিবা ১৬৬৯ ওইএ। থাৱেনবা নিংথৌকাওবা কৌবাইদা লৈবা পুকচল্লা শিবগী মীশিং ইবা ৫৩৮৪ মথাং অচোইবা ১২ গুপনা মী ৬৫০৩ শিএ। মেরা থা নোংমাইজিংদা[6] হল্লে। অদু মুমিং শিংজমৈদা লৈবা শাংপম মচা মুগী ১ ইঞ্চি'দা শিএ। শ্রীযুৎ রা মাধব হায়দোকপজুনা ১০নি নিংথৌকাবদা[7] হাওবমচা থম্বৌ শেলুংবনা মরামুং ইবুংঙোদা কাকযাত্রাগী সেনাপতি থোমিলে। ১২নি ইমশকৈশদা[8] চৈরাপ শাকমদা শুহা তৌএ। ২৩নি শগোলসেন্দা মুহারাইএ। হিয়াঙৈ থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১৩নি থাঙজদা নিংথেম ওকপা চংলে। অদু মুমিং মুত্তারাইএ। ২২নি নিংথৌকাবদা নোংচুপ লমগী হাওদা নোংচৈ ১৫ পুখংলজুনা পাৱোংতা য়েথেকএ। পোয়রু থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। ২নি শগোলসেন্দা[9] পোয়রুগী সংক্রান্তি তৌএ। অদু মুমিংদা মেজোর মেনসিল সাহেপ রা তোম্বীবা লোয়নমুমং থুংলেএ। ৫নি লংমাইজিংদা[10] শ্রীযুৎ চুরাচান্দ আজমেরদা লাইরিক তম্বা থুংলেএ। মুমুদা তম্বো সাহেপনা ওকলমএ। শামু তোংদুনা লেঙলকপনা পুলিসনা লেংজন

১। তাং ৯।৭।১৮৯৮ ইং। ২। তাং ২০।৬।১৮৯৮ ইং।
৩। তাং ৩।৭।১৮৯৮ ইং। ৪। তাং ১৯।৭।১৮৯৮ ইং।
৫। তাং ১৩।৮।১৮৯৮ ইং। ৬। তাং ১৬।১০।১৮৯৮ ইং।
৭। তাং ২৪।১০।১৮৯৮ ইং। ৮। তাং ২৬।১০।১৮৯৮ ইং।
৯। তাং ১৫।১২।১৮৯৮ ইং। ১০। তাং ১৮।১২।১৮৯৮ ইং।

হল্লে। ৮নি লংমাইজিংদা[1] ইতেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি মিংথোকাবদা বাসোম গুরুজীগী লৌমী খাজনা থিদে হায়দুনা লৌ ইংখোল, মপোৎ-মচৈ পুম্নমক সরকারা কুমহনা নিলাম তৌএ। থবান থা নিংথৌকাবনা[2] হল্লে। ১১নি শগোলসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি থাঙজদা গুতো সাহেব শিলোং চৎখিএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা[3] মাইকৈ ৪দগী শোংবোক্তা উথাই। উদি কৌবিলিয়ানে। ২২নি লংমাইজিংদ[4] লোংজম কুপী ১ মোইরাংথোম কৈথেল্দা ইরোই মচিমা কোম্ভনা শিএ। ২৫নি ইমশকৈশদা নিংথৌজমচা কুপী ১ ইশিংদা শিএ। অহু কুমিং কুপী হাংপা ইরোই অহু থানাদা পুন্দুনা থম্বদগী থৌরি কোইদত্তুনা চেনখিএ। ওানগীথোং মপান্দা লোংজমগী ইংথোল্দা কাপথুই। লাংবন থা ইমশকৈশনা[5] হল্লে। ১৩নি লংমাইজিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু কুমিং ইরোইশেমবদা কুপী ১ ইশিংদা শিএ। ১৮নি ঈরাইদা ওইনাম থিঙেন্দা ওইনাম মচা কুপী ১ ইশিংদা শিএ। মেরা থা শগোলসেন[6] হল্লে অহু কুমিত্তা কোংবা থিঙেন্দা ওইনাম মচা মচিন-মৌপা ২ ঈশিংদা শিএ। ৪নি লংমাইজিংদা[7] লাই নোংশাবগী উমংদগী কুপী ১ লমজাওদা থোঙ্গ্লগা তুরেন্দা চোংথে। ৫নি নিংথৌকাবদা কাংজম মচা ১ ইশিংদা শিএ অহু কুমিং অহাংলমদগী উংসাহেব লাকএ। ৮নি শগোলসেন্দা[7] হিয়াংথাং লাইরেম্মাগী লাইশঙবু কাংজম চহু মিকোইপা সাহেবকা চঙদুনা মাংএ। ৯নি ঈরাইদা[8] বোর সাহেব স্নানতোবী ২মা জিল চৎদুবা থুদৈ। ১৮নি থাঙজদা চিংতাদা অহিং শজি থোংএ। ২৫নি লংমাইজিংদা চন্দ্রকীর্তি মহারাজমা শারথা মান্দোপ অচৌবা শীদোকএ। ১৯নি শগোলসেন্দা গুতো সাহেব থোরকএ। অহু কুমিত্তা বর্ণেল সাহেবনা মথারম চৎপদা ককচিং থুলেন থোং তেবএ হায়দুনা নিপা ১ থাংনা য়ারে। হিয়াঙৈ থা থাঙজনা[9] হল্লে। ৩নি নিংথৌকাবদা মুহার ৫। ১৫নি শগোলসেন্দা[10] হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু কুমিং অপাইবী কৌবা কাদোক হয়ানবা চেনখি। ২৫নি নিংথৌকাবদা কাবকএ। সাহেবনা অপাইবী অমি

১। তাং ৭। ৮। ১৮৯৯ ইং।
২। তাং ২১। ৮। ১৮৯৯ ইং।
৩। তাং ২৭। ৮। ১৮৯৯ ইং।
৪। তাং ৬। ৯। ১৮৯৯ ইং।
৫। তাং ৫। ১০। ১৮৯৯ ই।
৬। তাং ৮। ১০। ১৮৯৯ ইং।
৭। তাং ১২। ১০। ১৮৯৯ ইং।
৮। তাং ১৩। ১০। ১৮৯৯ ইং।
৯। তাং ৪। ১১। ১৮৯৯ ইং।
১০। তাং ১৬। ১১। ১৮৯৯ ইং।

ওলুক তবে মাবা হবা লুপা ১০০০ হেন্নে। কাদোক্তা থমও হায়দুনা পুন্সিনখিবদা খৌরি হক্কোক্কুনা চেনখ্রে, লমলোং কৈথেল্লগী কাদুনা পুরকএ। মানা চৈথবা নিংথৌজম কুম্রেদা কুরুপ তৌদুনা য়েংবদা লুপা ৮৯, পুরক্লমএ। অপাইবী কাবা য়ুমলেমবা, নিংথৌবা মথোয় ২দা বংশিন লুপা ৫০। ৫০ পীএ। পোয়ছু থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১৩দি ঈবাইদা জর্জেন সাহেব ১ পুংদৈ। ১৪নি থাঙজদা পোয়ছুগী সংক্রান্তি হৌএ। কুম্মে তৌহল্লে। অহিং অহু জগোই শান্নহল্লে। লুপা ২০। ২০ পীএ। ১৫নি লংমাইজিংদা বোর সাহেব লুশৈগী সিমানা য়েংবা চৎলে। য়ুমলেমবা মেজোর লোইনখি। বেগারী ১০০ চৎলে। বাকচিং থা লৈপাকপোকপনা[1] হল্লে। ১৩নি লং-মাইজিংদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। কাইরেন থা ইমশকৈশনা হল্লে। ১৩নি নিংথৌকাবদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা ঈবাইনা[2] হল্লে। ১৩নি ইমশকৈশদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১দি শগোনসেন্দা অতোম লৌবাইদা থাইদেম মচা ১ লৌ থোইবদা থকী তেন তাদুনা শিএ। ২২দি ঈবাইদা হবানবা অপাইবী, মাইব্যা পুথোই ২মা বোর সাহেবদা বিচার তৌদুনা লিচৈ ৩০। ৩০ কুই। মাইব্যাদি থাদোকএ। অপাইবীদি কাদোক্তা থমএ। ২৬দি লৈপাকপোকপদা ইমথোংগী লাইরিক ইবা হৌএ। শজিবু থা থাঙজনা[3] হল্লে। ৩দি নিংথৌকাবদা থাদা থবামমিচাক চঙএ। ১৩দি শগোনসেন্দা[4] বিষুব সংক্রান্তি ওই। সেকমাই কলসিংগী কুম শক ১৮২২—১৪নি ঈবাইদা শজিবুগী পালোক ওই। ২০দি ঈবাইদা[5] নাহারুপ থাকম মমাঙগী থাক্লবাং কুল্লে। কালেন থা নিংথৌকাবনা[6] হল্লে। ৯দি লৈপাকপোকপদা য়ুহারাই। ২২দি নিংথৌকাবদা ময়ালো চাক তাংএ হায়দুনা ক্যাল্যামাংঙগী লাইরিক শিরকএ। ২৪দি ইমশকৈশদা[7] মা হাঙজৌ শিএ। ইঙা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ইঙেন থা ঈবাইনা হল্লে। ৭দি শগোনসেন্দা মহারাজগী মবুবো মোইরাং মিংথৌ, মোইরাং লৈমা ২ মা বৃন্দাবন চৎলে। ১০দি নিংথৌকাবদা অশৈবা কুলাপসিং শেমুংবা বোর সাহেবকী রাজংদা শাগেগী পুন্নাম থিএ। ২২দি ঈবাইদা ইঙেনগী সংক্রান্তি

১। তাং ২। ১। ১৯০০ ইং। ২। তাং ২। ৩। ১৯০০ ইং।
৩। তাং ৩১। ৩। ১৯০০ ইং। ৪। তাং ১২। ৪। ১৯০০ ইং।
৫। তাং ২০। ৪। ১৯০০ ইং। ৬। তাং ৩০। ৪। ১৯০০ ইং।
৭। তাং ২৩। ৫। ১৯০০ ইং।

হৌএ। অদু তুমিত্তা নাওরেম থোংদা তুম্বী ১ থৌদি য়াম্বুনা শিএ। থমান থা ঈরাইনা[1] হল্লে। ২৩নি থাঙজদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৯নি ঈরাইদা খ্রাইরমবন্দা মী য়াম্না তিল্লে। লাংবন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৩নি লৈপাকপোকপদা বাংথৈ লৈকাইদা লৈবা তোক্পমচা হেমসিংগী মতুম্বা চেরকপা মচাম্বুগী লাইশ্রম চন্থু অদু মচা লৈথম্বা শিএ। অসিদি কনাগী মচানো হংবদা লাইশ্রমচা জুলোনগী মচানি হায়রে। মহাক্কি থিবা থংদবে। বাহেংবমচা ১দা ইচানে হায়না য়াহল্লে। ২৪নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা লংমাইজিংদা হল্লে। ৫নি থাঙজদা[2] থাকম লাইকম ২মা হিয়াং তায়হল্লে। ৭মি নিংথৌকাবদা[3] অহলুপ মাহারুপ হিয়াং তায়হল্লে। ১২মি ঈরাইদা পুলিস পলতোনবু হিয়াং তায়হল্লে। অদু তুমিত্তা চিংতাখন মচা ও কাইবোক পোকএ। বোর সাহেপনা লুপা ২০ পীখিএ। অদু তুমিত্তা থোইরাংখোমদা অহিংদা লাইনা ঙগৃ শবএ। হিয়াঙৈ থা ইমশকৈশনা[4] হল্লে। ৬নি নিংথৌকাবদা[5] চৈরাপকী থাংতবু ওল্লে হায়দুনা তাওবিয়া পণ্ডিৎ, শবাং পণ্ডিৎ—২মা কৌথংতুনা থোদোখিএ। ২৪নি শগোনসেন্দা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়নু থা ঈরাইনা[6] হল্লে। ইঙেনদগী নোং চুবনা পোয়নুগী সংক্রান্তিদা থদা বৈএ। লেন য়াম্না তাই। বাকচিং থা থাঙজনা হল্লে। ২নি থোংমাইজিংদা জর্নেল সাহেপন্নু থুংলৈ। ২৩নি লংমাইজিংদা সরকারগী আইন অচৌবা ১ থুংলৈএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৯নি থাঙজদা বোধ সাহেপ কলিকতাদা চৎখিএ। কাইরেন থা নিংথৌকাবনা[7] হল্লে। ৩নি ইমশকৈশদা[8] বিলাৎ লৈবাক্তা ৭শুবা এদবাৎনা তাবোংকী নিংথৌ ওই। ৬নি শগোনসেন্দা[9] ভিক্টোরিয়া কৌবা মহারাণী শিএ। মোংটৈ ১০৯রক কাপএ। ১৪নি থাঙজদা[10] ভিক্টোরিয়া মহারাণী সমাধি তৌএ। তোপ ৮১রক কাপএ। মণিপুরগী ম. কৈথেল কাহন্দে, আপিশ পূম্মা তঙ্গি ওই। ১৪নি ইমশকৈশদা

১। তাং ২৭।৭।১৯০০ ইং।
২। তাং ২৯।৯।১৯০০ ইং।
৩। তাং ১।১০।১৯০০ ইং।
৪। তাং ২৪।১০।১৯০০ ইং।
৫। তাং ২৯।১০।১৯০০ ইং।
৬। তাং ২৩।১১।১৯০০ ইং।
৭। তাং ২১।১।১৯০১ ইং।
৮। তাং ২৩।১।১৯০১ ইং।
৯। তাং ২৪।১।১৯০১ ইং।
১০। তাং ৭।২।১৯০১ ইং।

ঐদি চিংখনি হায়দুনা কাং চিংএ। শ্রীগোবিন্দজী থাবোম সজানা মলথাম লোইবগা রথযাত্রা চিংএ। কুম মহু কাং ২রক চিংএ। ইংেন থা লৈপাকপোকপদা[1] হল্লে। অদু মুনিত্তা ইংেনগী সংক্রান্তি হোৌএ। ১৭নি ঈরাইদা কোদ কহন কৌবা ভত্তো সাহেপ খুইনৈএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা লোং থাম্ব তাইএ। ঈশিং থারা চাওএ। মহাবলী উখুং মুংখিল ১ খুমএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা[2] লোর সাহেপনা চুড়াচান্দ মহারাজ থোরকপা তকনি হায়দুনা কলিকতা কাওবা চংখিএ। থবান থা শগোনসেনা[3] হল্লে। ২নি ঈরাইদা থবানগী সংক্রান্তি হোৌএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা[4] মরাস্থুংদন মহারাজ তকপা চংলে। ১১নি লম্মাইজিংদা কোংবা উচেকোন্দা থোকচোম চৈথাবা ইকবদা লাইমা লৌদুনা শিএ। শগোনসেম চৌবিদাংগী মচানিপা ১মু পুখ্রিদা শিএ। ২৬নি লম্মাইজিংদা[5] চুড়াচান্দ মহারাজগী নিংথৌগী পোংলোই হৌনবী মখৈ বেগাড়ী নিপা ২০০ না পুদুনা শিলচর ফিদা তাম্না মিংথেম তকপা চংলে। অদু মুমিত্তা শনচেংম লৌরাইদা লৈবা পাবুংজাও কৌবা অঙাং চহি ১০ শুবা ১না অচোইবমদা লাম মখুম মাইকুনা পোকপা অচোইবমদগী থাইনখ্রুনা শনজেনবমদা লৈবা অয়াম অদোমসিংনা হংএ। মপা পোকপদা অয়াম অদোমসিংনা মচা পুকচাওদু হাংকে নিংলদুনা অঙাং অদুবু শীত চল্লুসে হাযদুনা লোংমাইজিংদা থাম্লে। সরস্বতি কুণ্ড মনাক্তা হাংলে। খ্রাম্ব ভান তাল্লে। খুম কৌদনা থিএ। মুমিং ৩নি শুরবদা থবোংগী লৌশংদা চঙদুনা লৈরমএ হাওবা তাকুনা মরামনা কাবে। অঙাং মচাদি লোক্তা শিদুনা লেরম্মে। ৩নি থবদা থানাদা তাকলৈএ। অশিবদি লোলাইপাবদা পুখংলকএ। অয়াম অদোমসিংদি কাদোক পীএ। শ্রীচন্দ্রকীর্তিসিংহনা হৈবা শশিকপু চুড়াচান্দ মহারাজদা পিরকএ। লাংবন থা ঈরাইমা[6] হল্লে। ৪নি লৈপাকপে বপদা লাংবনগী সংক্রান্তি হোৌএ। ৬নি শগোনসেন্দা মুহারাইএ। ৯নি লৈপাকপোকপদা মবুথৌ লোইরাং নিংথৌনা মহারাজ তকপা চংলে। মহারাজনা চহি ৪ আজমেরীদা লাইখিক শঙ্গা থোরকএ। কলিকত্তাদা মুমিং ১৫নি লৈরগা পোংতৈ লৈরকএ। পোংত্তি লোংশৈম অবোংবা ২ হিয়াঙ্গী খুদোপ ২ শগোল

১। তাং ১৬।৭।১৯০১ ইং।
২। তাং ১৩।৮।১৯০১ ইং।
৩। তাং ১৫।৮।১৯০১ ইং।
৪। তাং ২০।৮।১৯০১ ইং।
৫। তাং ৮।৯।১৯০১ ইং।
৬। তাং ১৩।৯।১৯০১ইং।

থৌএ। ৬নি লংমাইচিংদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। অমু চুমিং চুহাবাইএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা[1] লাংসাহেপ কবোরম চংখিএ। তোপ ২৭লক কাপএ। কমেশোর সাহেপনা কাছার লম চংখিএ। শ্রীযুৎ মহারাজনা স্বরূপা শাবন কাংজৈ শায়বা পোংলোই ওবা, শামু ময়া চৈত ২, কাগী চৈত ১ লানথি ১ মোলাই কি ১২ লগোইশাবীগী অম্র পোং, উপু পাকসি— শামু ময়ামা হাজং রৈবা ১ শগোল শাজৈ লুপা য়োম্বা ১ লুপা খুদৈপেন ১ কাগোক ২ য়েশোমগী ঘুথন ১ তাঠৈ হাও চমাওবগী পোংলোই অওবা ১ অসি পূরমক থিলোংতা পুশিনখি। ১০নি শগোলসেন্দা বর সাহেপকা লমু ওগা তুমু কাওবা থিলুইএ। হাও যেগায়ীদা লুপা ১৪২ য়েনবিরমএ। ১৭নি শগোলসেন্দা থুংলৈএ। ১৯নি খাওজদা মনিপুরগী চৌকিদারদা থাম্মী তোলোপ লুপা ২।২ য়েমবিএ। ২২নি লৈপাকপোকপদা পোয়মুগী সংক্রান্তি হৌএ। বাকচিং খা ঈরাইনা[2] হল্লে। অহু চুংতা ওতো সাহেপ অথাংলম চংখিএ।

৩নি লংমাইচিংদা[3] চুরাচান্দ মহারাজগী হিয়াগী খুদোপ যাওএ, কংজে। ৫নি লৈপাকপোকপদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ৭নি শগোলসেন্দা[4] বোর সাহেপকী মতু মাতোম্বী বাহায়মা চংখিএ। ২১ নি লৈপাকপোকপদা ওতো সাহেপ থুংলে। ২৬নি লৈপাকপোকপদা[5] শাওনগী পকাই হাপএ। কাইরেন খা নোংমাইচিংদা[6] হল্লে। ৫নি শগোলসেন্দা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৫নি ঈরাইদা মেজোর মেকফিল বড় সাহেপনা ঊং সাহেপতা থবক শিন্নরমগা বিলাং চঙখিএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা[7] চুরাচান্দ মহারাজ চুরুন থাংএ। ২৭নি ঈরাইদা[8] শ্রীযুৎ মহারাজ, ময়াম্বুংমচা ২মা লাইখিং লৌএ। লমতা খা লৈপাকপোকপদা[9] হল্লে। শজিবু খা চুমশকৈশনা[10] হল্লে। ৫নি লংমাইচিংদা[11] বিষুব সংক্রান্তি ওই। ককচিং লোখোনগী কুম শক ১৮২৪—নোং য়াম্না চুইএ, ঈশিং চাওএ। ৬নি নিংথৌকাবদা শজিবুগী পালোক ওই। ১৫নি লৈপাকপোকপদা[12] খা শাবা কংএ। কালেন

১। তাং ১৯।১১।১৯০১ ইং। ২। তাং ১০।১।১৯০২ইং।
৩। তাং ১২।২।১৯০২ইং। ৪। তাং ১৬।১।১৯০২ইং।
৫। তাং ৪।২।১৯০২ইং। ৬। তাং ৯।২।১৯০২ইং।
৭। তাং ৪।৩।১৯০২ইং। ৮। তাং ৭।৩।১৯০২ইং।
৯। তাং ১১।৩।১৯০২ইং। ১০। তাং ৯।৪।১৯০২ইং।
১১। তাং ১৩।৪।১৯০২ইং চৈথাবা। ১২। তাং ২২।৪।১৯০২ইং।

থা শগোলসেন্দা[1] হল্লে। ৭নি ইমশকৈশদা[2] শোভাপর্ব্ব শাটৈ। অহিং শভাইশেল পাই। ২৫নি ইমশকৈশদা বামোন অন্নি-অনৌ ২মদা চায়খিবা থাগি অনৌবদা ভৌবা মাদনা অখিবদা মমথাক থাহল্লে। অখিবগী বামোন শোভাদা উং সাহেপনা পাস পীখিএ। ইঙা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১৮নি লৈপাকপোকপদা বিলাট মহারাণী অভিষেক তৌগদবনু নাইনা ভোবলে। ইঙেন থা লোংমাইজিনা[3] হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা সোট্টম লৈকাইদা বামোন থোইদোংগী মচা চহি ৯ তথা ১ উনগী তাহনা পিএ। ১২নি ইমশকৈশদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা[4] থাংনৈবদা লৈবা কোনোকী হূইবু অ'হু কৈনা চাখিএ। নোংথালগা মপুনা খিন্দ' থংহৌদনা বাখোংদগী চোংথোক্তনা মী চিকলমএ হায়হ্না ইভোনথোন কথান সাহেপদা লোংটৈ কাত্না হোংচিনখিবদা সাহেপপু হোংলরে। থৈভেমচা ১মা তঙা কৈহ্না কলে। কৈত কাইএ। কথান সাহেপন্থ ভাক্তদা মথুং ককলগা কগানি হায। ককলগা পোমথংলে হায়হ্না অমুকন্থ ককলে। ২৪ক ককলবদা ১৮নি লৈপাকপোকপদা পিএ। হাম্না শোকপা বামোন মচাদি পিদে। ২৭নি ইমশকৈশদা বোর সাহেপ পিলোং চংখি। থবান থা নিংথৌকাবনা[5] হল্লে। ৩নি শগোলসেন্দা[6] বিলাং মহারাজ অভিষেক তৌএ। মনিপুরদা কুমৈ তৌএ। ১৩নি লংমাইজিংদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি থাঙজদা রাইফিবোকী ওথেরথবগী শম্নোইদা থকী তেন তাইএ। ২১নি নিংথৌকাবদ কুম্বাবাইএ। মঙ্গোই কৌবা লৈবাকী ভিনতিক, শোমাদা লৈবা কাদ শন্নিবোনি কৌবা পঙিংনা ২৭মি থাঙকগী মোংয়াই মভুং পুং ১ তাবদা ১, লোংমাইজিংগী লোংয়াই মভুং পুং ১ তাবদা ১ কুমিং ২ অসি ভূমিকম্প তৌগনি হায়না লাইথিক লাকএ। শ্রীগোবিন্দ নিংথেমন্থ নভুন থম্মুনা লৈএ। শীরাম পুন্নমকন্থ হোংদোকনৈ। তৌখিদে। ১৬নি ঈরাইদা লাংবলগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮মি লংমাইজিংদা বোর সাহেপ পিলোং চংলুবা থুংলৈএ। লাংবন থা ইমশকৈশনা[7] হল্লে। ২নি শগোলসেন্দা[8] শনজেনথোং শাই। অহু ভূমিতা থাইরাকপা পকাই মেন্বর পিএ। ৬নি

১। তাং ৮। ৫। ১৯০২ ইং। ২। তাং ১৪। ৫। ১৯০২ ইং।
৩। তাং ৬। ৭। ১৯০২ ইং। ৪। তাং ২১। ৭। ১৯০২ ইং।
৫। তাং ৪। ৮। ১৯০২ ইং। ৬। তাং ৭। ৮। ১৯০২ ইং।
৭। তাং ৬। ৯। ১৯০২ ইং। ৮। তাং ৪। ৯। ১৯০২ ইং।

নিংথৌকাবদা[1] শ্রীযুৎ মহারাজ পুং ১০ তাবদা বাঙলাদা লাইরিক তম্বা হৌএ। ১৫নি ইমশকৈশদা লাংগনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা শগোলসেন্না[2] হল্লে। ১০নি নিংথৌকাবদা কৈথেমগী পুখ্রি ১পান্না হাও ২ শিন্দুনা লৈরমএ। ১৬নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। থাশি ঊরাইদা ফুমিং শাবা ক'এ। হিয়াঙৈ থা থাঙজদা[3] হল্লে। পোয়েন্থু থা নিংথৌকাবদা হল্লে। ৩নি ইমশকৈশদা[4] লাইরেনলাকপা অচৌনা স্না ৎল্লমএ হায়দুনা কাদোক্লা শীএ। ৮নি থাঙজদা[5] শ্রীযুৎ মহারাজ, উৎ সাহেপ, নেথোয় বাবু কাংজৈরোই ১৩ নচিংনা তম্না নিপা ৮৫ তিলিপকী দোরবার লেঙখিএ। ১৩নি থাঙজদা য়ুহারাইএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা পোয়েন্থুগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি থাঙজদা লম্বোইবা ১ ইমনাম লৈকাইদা থৌরি য়াম্দুনা শিএ। ৱাকচিং থা লৈপাকপোকপনা[6] হল্লে। ৩নি ঊরাইদা[7] কাংজৈবুংদা সাহেপ, বাবু পুরমক, চৈথাপ পকাই লৈপাক পুন্নমা বিদাংকী নিংথৌ তিলিঙা অভিষেক তৌগনি হায়দুনা দরবার তৌএ। অকিস পুন্নামা মাপ তৌএ। থাওমৈ থাল্লে। ১৭নি শগোনসেন্না ৱাকচিংগী সাংক্রান্তি হৌএ। ফাইরেন থা শগোনসেন্না[8] হল্লে। অহু মুমিৎ শ্রীযুৎ মহারাজ তিলিঙগী থুংলৈ। ১১নি লমোইলিংদা[9] আসাম দেশকী চিফ-কমেশোনর[10] সাহেপনা মেমগা লোয়নদুনা থুংলৈএ। কুমৈ য়াম্না তৌএ ৩নি লৈপাকপোকপদা[11] দরবার তৌএ। ১৪নি

---

১। তাং ৮।৯।১৯০২ ই। ২। তাং ২।১০।১৯০২ ইং।

৩। তাং ১।১১।১৯০২ ইং। ৪। তাং ৩।১২।১৯০২ ইং।

৫। তাং ৬।১২।১৯০২ ইং।

৬। তাং ৩০।১২।১৯০২ ইং।

৭। তাং ২।১।১৯০৩ ই।

৮। তাং ২১।১।১৯০৩ ইং।

৯। তাং ৮।২।১৯০৩ ই।

১০। The Honourable Chief Commissioner visited Manipur in February coming through Kohima, and then went on to Cachar. During his stay, the Honourable Chief Commissioner held a Durbar, when all the leading gentlemen were presented to him.

Administration Report of Political Agent for the year 1902—1903 Page 8,

১১। তাং ১০।২।১৯০৩ ইং।

ইমশকৈশদা[1] চিফ কমেশোম সাহেপকা কোলকোহোনগা[2] লোয়নদুনা আসাধলোমদা চঙখিএ। ১৬নি ঊরাইদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি নিংথৌকাবদা য়ুহারাইএ। ২৫নি থাঙজদা[3] শ্রীযুৎনা লমকেন শোইদা শায়ু তোংদুনা শা তারে। নোংমৈমা কৈ ১ কাইএ। শঙাই ১মুং কাবকএ। লমতা থা থাঙজনা[4] হয়ে। ১৭নি লংমাইজিংদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থা নিংথৌকাবনা[5] হয়ে। ১৪নি থাঙজদা থা শানা কংএ উমদুনা তাখিএ। ১৭নি মিংথৌকাবদা[6] বিষুব সংক্রান্তি ওই। খোরিখুন রোংতোন-সিংগী কুম শক ১৮২৫—২২নি লংমাইজিংদা বর সাহেপ কজিবতা চৎলুবা থুংলৈএ। কালেন থা লৈপাকপোকপনা[7] হয়ে। ৮নি নিংথৌকাবদা কুমলোৗদা মাঙরেম মচা ১ থৌখি য়ান্দুনা শিএ। ১৮নি শগে নসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি মিংথৌকাবদা তেবা কৈথেন পুরিবু মী শিদুনা ঊশিং থক্তুববু শেংখিএ। ইঙা থা ইমশকৈশন[8] তারে ২নি শগোলসেন্দা লৈশাংথোংদা লাইরেম মৌ ১ শগোন্না কাংদুনা শিএ। ১০নি লংমাইজিংদা পাওনম জিদেন্দা নেপাল সিকাই ১ ঊশিংদা শিএ। অদু হুমিত্তা কুমকিগী মথাথংবা হাওতাক্তা হি ১ তাওথংলকএ। লম ওনবদা শাংবা অরেপ্পা লৈতে। ১৪নি লৈপাকপোকপদ রাইথোম চহু চাখেনবা ১ কৈথেন কুম্বদা সাহেপকী পাড়ীনা চেন্দুনা শিএ। ২১ লৈপাকপোকপদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি লংমাইজিংদা প্রেন সাহেপনচিনা সাহেপ ওমা হি তোংদুনা য়ুংকেং পুখ্রিদা থরাল হেকপধু ইয়ার রৌবগা হি লাকুনা সাহেপ ওমা তারে। প্রেন সাহেপতি শিরে। ২মদি শিদে। ইঙেন থা ঊরাইন[9] হয়ে। ২নি থাঙজদা শ্রীজগন্নাথগী কাংচিংবা য়াদে—মুংশিংনা অথাখি চাকলেন লোইনা হুনদেকএ। ৪মি লংমাইজিংদা লাংগোলগী হৌদুনা মৈবী পাইএ। ১২ মি মিংথৌকাবদা হুমিং তাবা মতমদা ধুম্রকেতু থোকএ। ২২নি ঊরাইদা ইংতেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু হুমিত্তা

১। তাং ১১। ২। ১৯০৩ ইং।

২। কোলকোহোন—Mr H.A.C. Colquhoun, I C S.

৩। তাং ২১। ২। ১৯০৩ ইং। ৪। তাং ২৮। ২। ১৯০৩ ইং।

৫। তাং ৩০। ৩। ১৯০৩ ইং। ৬। তাং ১৩। ৪। ১৯০৩ ইং চৈরাওবা।

৭। তাং ২৮। ৪। ১৯০৩ ইং। ৮। তাং ২৭। ৫। ১৯০৩ ইং।

৯। ২৩। ৬। ১৯০৩ ইং।

থেংবিরাহুমারোক্তা চিংদোম্বগী মুং ১ ওয়রকএ। লৌবুক্তা তাইএ। ২৮নি ইমশকৈশদা খোম্বীদোকতা লৈবা অকাংতম ফিপা ১মা পাঙল ছুপী ১ তাংনৈ হায়ছুনা পাঙল ওইহনখিএ। থবাম থা থাঙজনা[1] হল্লে। ২নি লংমাইজিংদা নোংপোক ইংথোম্বা লৈবা সিকাই ১মা মতুং ফিংজংমা য়াম্লে হায়ছুনা কাদোক্তা পীএ। তম্না চেনখিএ ৯নি থাঙজদা মতু হাংপা সিকাইছু খিবোমৈদগী কাছুনা পুরকএ। ১৪নি ইমশকৈশদা শ্রীগোবিন্দগী মমাঙদা শমবী ১০৮ পুখম্বুমা নোংচুনবা শজোম তমএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা বোর সাহেপকী মচন ২ থোরকএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থা নোংমাইজিংনা[2] হল্লে। ৪নি ইমশকৈশদা[3] মন্ত্রী ময়ুমগা উরুংপুরেন ময়ুমগা ২ মথক-মথং মুয়বদা উং সাহেপনা[4] পঙ্কাইদা পিথোক্তুনা তৌহল্লে। মন্ত্রী ময়ুমনা ওমএ। উরুংপুরেন ময়ুমনা য়াদে। অছু ছুমিত্তা শেক্তাদা ছুইত্রোম মচা অঙোবা থৌরি য়াম্দুনা পিএ। ১০নি লৈপাক-পোকপদ' য়ুহারাইএ। ২৭নি ঊরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা লৈপাকপোকপন[5] হল্লে। ৩নি শগোনসেম্বা মন্ত্রী ময়ুমগী বিজয় গোবিন্দগী পোং তথিএ। ১৭নি থাঙজদা থা শানা কংএ। ২৮নি লংমাইজিংদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্কৈ থা য়ুমশকৈশমা[6] হল্লে। ২৮নি লৈপাকপোকপদা হিয়াঙ্কৈগী সংক্রান্তি হৌএ। থাগি নোং শগোনসেম্বা বোর সাহেপনা ককচিং থুনেম্বা পঙ্কাই হাপলুই। অছু ছুমিত্তা সেকমাই থুনবী, শিথোং, নিংতেন, অসিগী পঙ্কাইদি ককমুং শঙ্গুবো হাপএ। পোয়হু থাদি ঊরাইনা[7] হল্লে। ৭নি শগোনসেম্বা য়ুহারাইএ। লখী থুদিংদা উ পরেং ২ থাহল্লে। ২১নি শগোনসেম্বা বোর সাহেপনা নোংপোক চিংথৈগী পঙ্কাই হাপএ। ২২নি ঊরাইদা থু লৈ। ২৮নি ইমশকৈশদা পোয়হুগী সংক্রান্তি হৌএ। ৱাকচিং থা ঊরাইনা[8] হল্লে। ৬নি লৈপাকপোকপদা শন পুনবদা থৌরি হুই হায়ছুবা থংনবদা থামলুবা মী ১ শিএ। ৪নি ইমশকৈশদা ইথিনপুংগী

১। তাং ২৫।৭।১৯০৩ ইং।
২। তাং ২৩।৮।১৯০৩ ইং।
৩। তাং ২৬।৮।১৯০৩ ইং।
৪। উং সাহেপ—A. E. Woods, Major, I.C.S. Officer Political Agent in Manipur and Superintendent of the State.
৫। তাং ২২।৯।১৯০৩ ইং।
৬। তাং ২১।১০।১৯০৩ ইং।
৭। তাং ২০।১১।১৯০৩ ইং।
৮। তাং ১৯।১২।১৯০৩ ইং।

পঙ্কাই হাপএ। অদু তুমিত্তা হায়গী অরিবা নিংথেম পুখ্রিংপু বেংথ্বাকাবী হাপএ। ১২নি শগোলসেন্দা[1] শ্রীগোবিন্দজী মাংথোক্তা থামোন অনৌ অরিগী উংলোৎ কংলে উং সাহেপনা সুপা ৪৫০০ পীএ। ১৩নি ঈরাইদা[2] নিংথেম হাও চোংএ। অদু তুমিত্তা বোর সাহেপনা মা তোম্বীগা লোয়নন থুংলৈএ। ১৪নি থাঙজদা উং সাহেপ চঙখিএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎকী মচেম ভকোনম্বা শিএ। ২৮নি ঈরাইদা হাকচিংগী সংক্রান্তি চৎএ কাইরেন থা মিংথৌকাবদা[3] হৌরে। ভকোনম্বাগী শেংবাং শেংবা সরকারনা সুপা ৬০০০ পীএ। ২মি লৈপাকপোকপদা জর্ণেল সাহেপ ১ থুংলৈ। ৪নি ঈরাইদা জর্ণেল সাহেপ ১ চঙখিএ। ৭নি মিংথৌকাবদা বোর সাহেপনা মাতোম্বী লোইনদুনা লখিপুরদা চঙখি ১০নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎকী মমাসিজ বৃন্দাবন চঙখিএ। অবোকতোন থাংজম চন্দ্র মাঙাওরুংশী থাওএ। মরাক্‌ ২দু থাওএ। মমাসিজদা সুপা ৪০০০ মমাও থাংকনৌদ সুপা ১৫০০ সরকারনা পীএ। ২৭মি থাঙজদা কাইরেনগী সংক্রান্তি চৎএ। লমতা থা ইঙেনকৈশদা[4] হৌরে। ১০নি ঈরাইদা শ্রীগম্ভীরসিংহ মহারাজনা পুখ্রি অহৌবা তৌরম্বদু বর মেকসোন সাহেপনা ১রক হনা শেমগে হায়দুনা মোং-পোক পাংবা কোংবদা ঈশিং কাংতোকএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা[5] অতো সাহেপকী বাজানা হৈনা চাকএ। থাশি শগোলসেন্দা তুংগি শাম থংএ। শজিবু থা ঈরাইনা[6] হৌরে। ৬নি ইঙেনকৈশদা বোর সাহেপ থুংলৈএ। ৭নি শগোলসেন্দা অভাং লমকেন্দোইদা লৈবা মুমা· গোপাল হজরগী মচানা মচা লাই ১ পোকএ। মশা পুমমক মচু হৌই, মমাইদু থোং থারে, মমৈদু পারে। চাবাদ ভা চাদে, লকোই শলোম ইজগা কৈ। তরুদনা শোকপা থাদে, মহাক চহি ২ লৈরমএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎকী মমাসিজ বৃন্দাবন চৎলুবা থুংলৈএ। অদু তুমিত্তা নিংথেম পুখ্রি তৌবদা লৈদু দা মহাপ্রভু অজ ভজ ওইবা ১ লৈরমএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা[7] বিষুব সংক্রান্তি ওই। খোয়রিথূল বোলোসিংগী কুম শক ১৮১৬—২৮মি ইঙেনকৈশদা শজিবুগী পাদোক ওই। কালেনথা থাঙজন[8] হৌরে। ১০নি মিংথৌকাবদা[9]

১। তাং ৩১। ১২। ১৯০৩ ইং।
২। তাং ১। ১। ১৯০৪ ইং।
৩। তাং ১৮। ১। ১৯০৪ ইং।
৪। তাং ১৭। ২। ১৯০৪ ইং।
৫। তাং ১৫। ৩। ১৯০৪ ইং।
৬। তাং ১৮। ৩। ১৯০৪ ইং।
৭। তাং ১২। ৪। ১৯০১ ইং চৈথাওবা।
৮। তাং ১৬। ৪। ১৯০৪ ইং।
৯। তাং ২৫। ৪। ১৯০৪ ইং।

শ্রীযুৎ মহারাজগা[1] মরাখুৎহনগা তম্না লেঙখিএ। থাংবরেম্দা শন ১ থাই ১ কৎলে। অহূ মুংডা মরাখুং মচাবু লাইকম লাকপা হাপএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা[2] থোর সাহেপনা নিংথেম পুম্রি অচৌববু ভোবা মাথে হায়রগা কোংবা থিংহনা হৌখনখোং মরিম চেনরক্লে। ১৪নি ঈরাইদা[3] মহারাজদা থব সাহেপনা মন্ত্রীমমুম, উক্রংপুরেন মমুম ২মা থৎনবসি চৈথারোম কুম্বাবা মা ঊপু কাক্কুমা বিচার তৌবিও হায়এ। পুরান ২মা পিখোকএ। ১৬নি থাঙজদা পাশোইদগী কৈ ১ কাইএ। অহূ মুমিং শ্রীযুৎন্না তম্ চৎলুবা থুংলৈএ। ২৯নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। কালেন থা নিংথৌকাবদা[4] শক্লে। মলমাস ওই। ১৩নি ঈরাইদা লোংপোকলমদগী মমিং হাও মিপা ১না হাওমুবী ১বু থোরীমা পুম্নুমা হাৎলে। হাও মিপা অহূ কাদোক্তা পীএ। ২০নি নিংথৌকাবদা[4] লৈপাকী অশোম অনা পুম্নমা খাজম কোকপীএ। ২৫নি ইঙেনকৈশদা[5] মন্ত্রী মমুমগা উক্রং পুরেম মমুমগা থৎনবগী চৈরাঙ্গী শ্রীযুৎ ‘লঙথোকুনা পুরান পাম্না বিচার তৌএ। পুরানগী মতুং ইন্না শ্রীযুৎ মা মাথং উক্রংপুরেন মমুমনা মহারাণী মচানি মথোয়না মথন্দ কম্বনা চুমএ হায়না লোইবিখিএ। ২৯নি লংমাইতিংদা চিংতামথা নাওরেম লৈকাইদা লৈবা মিপা মচা ১ থৌরি মান্নুনা পিএ। ইঙা থা লৈপাকপোকপদা[6] শক্লে। ২নি ইঙেনকৈশদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৪নি লংমাইতিংদা লোংচুপলোমদগী হাওনা চবুংবম মচা ১ হাৎখিবা হাও অহূ মৈমা মুবিদারনা কাবকএ। মৈতৈগী মকুহ পুরকএ। ১৯নি ঈরাইদা[7] থোমঙ হাও হাৎনৈ হায়রুমা কাদোক্তা পীএ। অহূ মুমিতা থাইমম্বন কৈথেল মৈ চাকএ। থোর সাহেপনা চৌকিদার লৌখোকএ। ২০নি লংমাইতিংদা লোংপোক খোঙদা কমেং ককচিংদগী মমা মচা কারকপদা ঈশিং থকপদা মমা মচা ২ পিএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা[8] কোজেংবম লৈকাইদা সরকারনা পুম্রি ১ তৌএ। ইঙেন থা ইঙেনকৈশদা[9] শক্লে। ৪নি থাঙজদা[10] ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহূ মুমিতা সরকারনা শঙাইথ্রোমদা পুম্রি ১ তৌএ।

১। তাং ২৬। ৪। ১৯০৪ ইং।
২। তাং ২৯। ৪। ১৯০৪ ইং।
৩। তাং ১৬। ৫। ১৯০৪ ইং।
৪। তাং ৬। ৬। ১৯০৪ ইং।
৫। তাং ৮। ৬। ১৯০৪ ইং।
৬। তাং ১৪। ৬। ১৯০৪ ইং।
৭। তাং ১। ৭। ১৯০৪ ইং।
৭। তাং ১১। ৭। ১৯০৪ ইং।
৯। তাং ১৩। ৭। ১৯০৪ ইং।
১০। তাং ১৬। ৭। ১৯০৪ ইং।

হাওবম মরক লোরেম্বম লৈকাইদা পুখি ১ তৌএ। ১৫নি ইংমকৈশদা[১] যোর সাহেপকী বাংলা মমাঙদা মাঙোপ থম্দুনা মাতোম্বীমা মকোক চিংদুনা মর্ত্ত বাস শাথে। মী যাম্না ষ্রে এ। ২৩নি শগোমসেন্দ[২] অহিং ভতো সাহেপকী বাংলা মৈ চাকএ। ১৪নি ঈরাইদা মাওবেম কাইথোক খোংদা শন ১না মীওই-মরোং ওইবা ১ পোকএ। ২৯নি ইংমকৈশদা থিথোথৈগী যোর সাহেপ খোরকপ' চঙখি। থবান থা ঈরাইনা[৩] হায়রে। ৬নি ইংমকৈশদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থাদি থাঙজনা[৪] হয়রে। ৫নি ইংমকৈশদা[৫] ভতো সাহেপন' বাংলা' মৈ চাকপগী ইম্ফালগী চৌকিদার মখৈ কবোদগী চিংডঙ খ্বালহন্দুনা বাংলা[৬] শাগনি হায়দুনা লাইথিক পিথোরকএ। লৱাইদি হাওদে[৭] ৮নি থাঙজদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ।

---

১। তাং ২৭। ৭। ১৯০৪ ইং। ২। তাং ৪। ৮। ১৯০৪ ইং।
৩। তাং ১২। ৮। ১৯০৪ ইং। ৪। তাং ১০। ৯। ১৯০৪ ইং।
৫। তাং ১৪। ৯। ১৯০৪ ইং।
৬। ইং ১৯০৪ দা মণিপুরদা ভগী লাল অহানবা খোকখিবগী মখল মাসিংগীনি।

## Order No 17

৭। On the night of 15th March 1904, the Assistant Superintendent of State's bungalow was burnt down and incendiarism was suspected. On the night of 4th August 1904, the bungalow lately belonging to Mr. Mitchelli Executive Engineer which had been purchased by the state and was occupied by the Assistant Superintendent of the state was again burnt down and this time there can be no doubt that an incendiary set it on fire

A reward of Rs 500/- was offered for information leading to the conviction of the guilty person or persons but without any clue being obtained As a preventive measure and proper punishment I consider it necessary to temporarily resuscitate lallup in the town of Imphal for the purpose of rebuilding the house last burnt down.

With this order are enclosed

A list showing the Chowkidars beats in Imphal and A list giving the materials required for rebuilding the house and the Chirap Court is requested to appor-tion the work among the several lehkais exempting no one but the Rajbari, Foreigners, members of the Panchayet and Cherap Courts and state servants.

The State Engineer will arrange to take over the material collected and supervise the rebuilding operations.

Manipur, the 12th September 1904

Lieut Col C. S. I.
Superintendent of the Manipur State.

১৭নি নিংথৌকাবদা[1] খুরাই, ৱাংখৈ, খ্বাই, য়াইস্কুল লৈকাই ৪মগী বাথোন নিংথৌমচা থাক্তনা বোর সাহেবতা দরখাস্ত থাই। বাথোন নিংথৌমচা হায়বসি মহৌশামা থবক তৌরক্তে নমাই ঐখোয় লৈপাক পুম্নমক্ মোক-পিরিবনি থবক তৌবা হায়বিগনো হায়। বোর সাহেবনা ঐনা তৌবা হুকুম ঐনা ১মক তোকও হায়বা তমদে, চৈথাঙ্গা বা পুখৎলো হায়দুনা লাইরিক পিখোকএ। চৈরাপনা চৌকিদারদা ঙ. বা, বাচেৎ, জি পুখৎলো হায়দোকএ। অদু মুখিবা ধুম্রকেতু থোকএ। লৈকাই ৪মগী মীনা বোর সাহেবতা হাথকবম্ব মাবিদে লৈবাক ঐখোয়মা মৈ থাকবম্ব মখে। লৈবাক ঐখোয়বু শাও হায়বদি মামিংদে চায়না খুইরম্বদা ভিরহুনা লৌরে[2]। ২১নি শগোনসেন্দা বোর সাহেবনা লৈপাক নখোয়দা বা, ঙ পুখৎলু হায়বদি মাত্রগা ভিরহুনা লৈবদি ৬সিদগী হেন্না মী ৫দগী হেন্না ভিরবদি সিকাইনা কাগনি হায়রা লৈকাই ৪মদা লাইরিক থাদে[3]। অদু মুখিবগী হৌনা কৈথেল কাবা তোক্কএ। ২৩নি ইমশকৈশদা মনিপুরগী মুপী পুম্নমানা বাজানাদা চঙহুনা বোর সাহেবগী থবক তৌবসি হায়বিগনো হায়রকবু বোর

১। তা ১৫। ৪। ১৯০৪ ইং।

২। In September and October some discontent was exhibited by the residents of Imphal, who had been ordered to rebuild the Assistant to the Political Agents bungalow, which had been burnt to the ground some time previously Assistance was obtained from the regiment stationed in Manipur, the crowds were dispersed and the ringleaders arrested and banished Some other cases of incendiarism occurred during the year.

Admn, Report of Political Agency for 1904–1905 Page 1.

৩। To

The Inhabitants of Imphal

Whereas certain ill-conditioned persons in the town of Imphal are inducing the residents to assemble in fixed pieces with a view to agitate against authority, this is to give notice to all that more persons than 5 assembling in one place for the purpose will be considered an unlawful assembly and that the Superintendent of the state will call upon the troops and police to disperse such assembly

Manipur the 30th September, 1904 — Lieut. Col. I. A. C. S. I. Superintendent, Manipur State

১দা মথুন্দা লোএ। ডাক্তরনা য়েংএ শত্তোকএ। অহ্ হুমিংকী মোঙ্গোলমদাইদা মিংথেমচা কাম্না থবা সা য়েগাজিং[১], স্না থাংগোব্পা[২], লোইতাম স্নাজাওবা[৩], ইবুংশি কাসা, ইবুংশি চম্মু[৪], ইবুংশি মতুম[৫], ৬ তসি ময়াংদা থাজিনখি। চেংজেম লৈহু হায়দুনা লুপা ২। ২ পীখি। তিনি য়োংবগা থাজোকনি হায়খি। লুপা ১০০। ১০০ পিম্বুনা মাজা মানা কৈদিংবা অবমদা লৈত হায়দুনা লৈহনখি। ৯নি ইমণকৈশদা হিয়াংকৈগী সংক্রান্তি হেৎএ। ১৪নি কৈপাক-পোকপদা[৬] অথাং কমদগী বিং বৈজা[৭] লাৎসাহেপ যুংলৈ। থানিস লোং শগোলসেন্দা কবোথম চংখিএ। তিনোং মথাং কন্দী থাই থৈহল্লে। ১৯নি লাংমাইডিংদা[৮] মোংপোকলম কৈরিনপুং, য়াইহিংবোব, শিখোং, তিহেল য়েৌনা শ্রীযুৎ মহারাজ, ময়াযুং ২মা কেহএ। মৈয়াম লোইরৈ। ২৩নি থাক্তদা লেঙথংলকএ। ২৮নি কিংথৌবাহদা শংগুং থাজারোম কেৎএ। থাজি ইমণকৈশদা লেঙথক্কএ। পোথম্ থাদি ইমণকৈশদা হল্লে। ৩নি কৈ-পাকপোকপদা য়ুহাবাত। ৯নি ঊৈরাইদা পোরঙ্গী সংক্রান্তি হেৎএ। থাকচিং থা ঊৈরাইনা[৯] হল্লে। ৯নি লাংমাইডিংদা থাকহিংগী সংক্রান্তি হেৎএ। ১৬নি

---

১। সনা য়েগাজিং—নবদ্বীপ মহারাজগী মচা ইবুংহল্লি। ১৮৮৬ ইং দা চুংগুংদ্রে মহারাজগী মথক্তা পাল হোঁবা থাখি।

২। সনা থাংকোবপা—কেকেন্দ্র মহারাজ চাবা চাথী মচা ইবুংহোলি। মৈত-থংদা কুথাম থেম ওইখি।

৩। লোইতাম স্নাজাওবা—কেকেন্দ্র মহারাজ চাবা চাথী মচু ইবুংহোনি, ময়াডোমা থাজকথাদ্দা পোকপনি।

৪। ইবুংশি চম্মু—নরেন্দ্রজিৎ মহারাজকী মচা ইবুংহো আনন্দশাইগী মচুনি, শংগোলবন্দ মৈকীম্মুস লৈকাইদা কৈংবা উৈশংৎ-পা খচানি।

৫। ইবুংশি মতুম—শগোলবন্দ মৌকৈথাইদা কৈংগি, থাঙ্গুথার সীঙবা হিংহন্না পোকপনি।

৬। তাং ২২। ১১। ৮৮ ইং।

৭। বিং কৌবা লাৎসাহেপ—আসামগী চীফ কমিশনার স্যার হেনরিস্ট কুমার

His Excellency arrived at Mao Thana, the frontier station, on the 21st November and reached Imphal, the capital, on the following day. On the 23rd His Excellency left for Burma —
Administration Report of Political
Agency Manipur for 1204–1605.

৮। ২১। ১১। ১৯০৪ ইং।  ৯। তাং ৬। ১। ১৯০৪ ইং।

মনাক্তা বোগ সাহেপনা বাজানা পাহুনা মুমিদাংবাইদা কোম্পৌজম ইমকমগী[1] বাজানা অচৌথপা মিংশেল হায়রৈ। মুমিদাংস্তু মৈ হায়রৈনএ। ১৯নি শগোলসেন্দা নোংমাইজিংদ' কবুই অয়োকপা চাও ১না অয়োকপা ১ হাংদে হায়দুনা পুথংলকএ। চাও মীহাংপা কাদোক্তা পীএ। ২১নি থাউজদা বোয় সাহেপকা বিচার সাহেপকা ব্রাইরিপোক থানাদা চংলে। কৈথেল ২ থোক্তা কাবা হৌমদে হায়দুনা ১ভা ওইনা ভিমশিল্লমএ। কম্বী থোংম্ব্ শেমলমএ। ২২নি লংমাইজিংদা থুংলৈএ। থাপি নোং লৈপাকপোকপদা ব্রাইরিপোক থানাদা লাইশ্রম মচা ২ অহিং মুম থেজ্জুনা পিয়মএ। থবাম থা ইমশকৈশনা হল্লে। ১০নি শগোলসেন্দা নরসিং মহারাজগী মচানুপীগী শোয়াংভা বোয় সাহেপনা লুপা ১৫০ পীখি। ১৩নি লংমাইজিংদা নিংথেম দিব্রিপ চংলুবা থুংলৈএ। ১৭নি শগোলসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি মিংথৌকাবদা নিংথেম পুব্রিদা থোংজ্রাম মচা দুপী ১'পিএ। অহু কুমিং থোংকমন্তা বাথোন কাজ্রাইগী মচা ১ ঈশিংদা পিএ। ২১নি লৈপাক-পোকপদা থ্রাইকম মনিংদা নিপা মচা ১ ঈশিংদা পিএ। লাংবম থা শগোলসাম্না হল্লে। ৮নি শগোলসেন্দা উচেককোন্দা ওাংবম মচা ১ ঈশিংদা পিএ। সেকসপিয়ার সাহেপনা থ্রাইকম থৈথেমবু য়োংনা মথোং ওই। ভিংবনা কুপএ। ১০নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজনা ইথেম্মা ভাংবম চনুপা থাজদা লেঙএ। ১৪নি থাউজদা মহারাজ থেরাচুম্পা ১ চঙখিএ। অহু কুমিং হৈজাংদা থাইথোম মচা ১ ঈশিংদা পিএ। শংজেনথোংদা লোকএ। ২৯নি শগোলসেন্দা ময়াম্পুংহনম 'তা কৈ মনিন্দা চঙখিএ। থেরা থা ঈরাইদা হল্লে। ১১নি লৈপাকপোকপদা পালতোনগী গুপ্ত কপতান সাহেপ মথমগী নোংমৈনা কাপ্পুনা পিএ। ১৮নি মিংথৌকাবদা গুভো সাহেপ হুতি চংদুবা থুংলৈ। ২০নি ইমশকৈশদা থেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু কুমিং বোয় সাহেপ গুভো সাহেপ ২মা কোহিমা চংখি। বোয় সাহেপকী হুকুমনা মিজেম কৈথেলগী কুংদা লাইরিক ইবা অহুবু ইথংলুই। হিয়াঙৈ থা লং-মাইজিংনা হল্লে। ১০নি মিংথৌকাবদা নোংমাইথেমচা পুথ্রনবা, নোংমাইথেমচা কাজি ২মা শাগৈগী লাই থুরৈ। কালিমা ওমএ। ২০নি ঈরাইদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬নি শগোলসেন্দা লেকসপিয়ার থুংলৈ। অহু কুমিং থ্রাইকম মনিংদা চৈরাপ পকাই ২মা চেকদা শাবদা হোংচিনএ। পোয়ম্ থা

১। কোম্পৌজম ইম্কম—হাঙা বাজানা, হৌজিকী চীফ কমিশনাগী ইংথোম।

মিংথৌকাবনা হল্লে। ৯নি লৈপাকপোকপদা ময়াম্বু হন তুম্বুসিং, ময়াম্বু চন্দ্রহাস ২মা কুলাবোন চৎলুবা থুইলে। ১৯নি থাঙজপা পোয়ম্বী সংক্রান্তি থোঔএ। ২৪নি ইমশকৈশদা বামাচরোম থাখুমা মণিপুরগী পোৎ চিংখিবা লৈহুনা কাছার জিলাদা পুশিনখি। পোৎতি শাখনগী অত্তা, ম্না থুজি, খাপুং জাংগোই, হৈয়াই খানবী, লানকি, লোলাইকি, খাং মখুম ম্না লুনা, কোয়েৎ, চৌগোব অসিনচিংবা পোৎ অম্বাম্বা। বাকচিং খা ইমশকৈশনা হল্লে। ৩নি ঈবাইদা শ্রীযুৎ মহারাজনা তেরাতুন্দগী হল্লকপদা কাছার দেশ পুমমক ২ তনা চন্দনবদ্ধ হাওবমচা খদৌ শেলুংবমা শ্রীযুৎতা চন্দ্রনা নখিপুরগী বামোম গোপালগী মাখোঙ্গা বামোম গুচমক ইশোপ কচ্চুনা মহারাজনা তিয়হল্লে। ১৩নি মিংথৌকাবদা ময়াম্বুংহন, ময়াম্বু মাইমা ২ মিংথেম একপা নখিপুর থৌনা চৎলে। ১৯নি লংমাইজিংদা বাকচিংগী সংক্রান্তি থোঔএ। ২৪নি ঈবাইদা মহারাজ তেরাতুন্দগী তত্তি লৌহুনা থোক্লকএ য় কাইরেন খা শগোনসেনা হল্লে। ৯নি থাঙজপা মুহারাই। ১৬ থাঙজপা মাইবা তাবগী পুং শেগাই। শ্রীগোবিন্দগী কাথি ১না পুংজা ওই। ১৭নি লংমাইজিংদা গরিবনিবাজ মহারাজনা তৌখবা কোংবা মপানগী পুখ্রি মচুং মখৈ লম ১০০। ১০০ পাকপা মখুরগী মথোংদা লাংগী মুর্তি লৈরমএ। মশত্তী মুংগী মহাদেব ১ কালিমাই ১ দারুর্গী কৃষ্ণ মুর্তি ১ জোগিয়োংকী মুর্তি ১ গংগামাই ১ লাই এ অ'দি কংএ। মখুরগী চিংথৈ পাংবদা ইফুং অচৌবা ১ কাওএ। মখুরদি মুকপা ওবদে, ইকুংনা তৌবা ম্নাদ্রে, লৈপাক পুমমা লাই খুমমৈএ। লাই ৫নি সেকসপিয়ার সাহেপনা লমচৎপা হল্লকলগা য়েংবা হাল্লহুনা থোংনাং মথোংদা থাহুনা থমএ ১৯নি লৈপাকপোকপদা কাইরেনগী সংক্রান্তি থোঔএ। ২১নি ইমশকৈশদা শপ্লেনথোংম্বু য়োংকী মথোং মুংহুনা শাবা থোঔএ। ২৬নি মিংথৌকাবদা লুপা কত্তবা পুখোকলকপা মী কাদোক্লগীএ। ২৮নি ইমশকৈশদা থোর সাহেপ থুইলেএ। লমচা খা থাঙজনা হল্লে। ৯নি লংমাইজিংদা তাংখমদা কৈ তানবা চৎলে। ময়াম্বু মাইথানা কৈ কাইএ। ২০নি শগোনসেনা লমতাগী সংক্রান্তি থোঔএ। ২৩নি লং-মাইজিংদা থোর সাহেপ অহাংলম চঙখিএ। ২৪নি মিংথৌকাবদা তখেন লৌবাইদা মহারাজ কৈ তানবা চৎলে। শজিবু খা লোমমাইজিংনা হল্লে। ২নি মিংথৌকাবদা বিয়ুব সংক্রান্তি ওইএ। সেকমাই হেনোসিংগী কুম শরু ১৮২৮—৩নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী পাদোক ওই। ৫নি শগে মসেন্দা

কোনবা পুখ্রি অচৌবা শেম্বা লোইছুমা থাবোন বিন্দু মাধবনচিংবা থাবোক ১৮বা ভাগবত পিএ। কিরাল ১০ থুংএ। লৈকাই ৪৮খী মীবু ভল থাক্তে। পুখ্রি থুম্বা পালা ৪ লকএ। অসুম্বা ১রক হোৎহৌএ। কালেন থা লৈপাকপোকপবা হল্লে। ৩নি শগোলসেন্দা মহারাজনা থুমিং ৫নি লেলা তৌএ। কাংলৈ, মুক্না, হিয়াং ভাগত্রে। থুমিদাংনা ঙবাক ইশৈ, নিপা পালা, পেনা পালা, পাশ লিলা অসুম্বা। থুমিং ৫নি অহিং থুংখিল চুপৈ তৌএ। ৯নি শগোলসেন্দা মহারাজ ভোরাতুম্ব লেঙখিএ। ২১নি মিংথোকাবদা থা থুং চন্দ্রগ্রাস গ্রহণ চংখি। ২২নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইতা থা শগোলসেনা হল্লে। ১০নি থাঙজদা থুহাবাইএ। ১৮নি থাঙজদগী হাই। ২৩নি শগোলসেন্দগী হাই। ২৪নি ঈরাইদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াংথাং লাইরেম্বীগী মথক্তা য়োং ১ যমথুনা লৈরম্লে। ইঙেন থা ঈরাইদা হল্লে। ৮নি ঈরাইদা মিংথেমচন্দ্র ৬ ময়াংদা থাজিনখিবদু লোইতাম মানাওবদা হায়া খোরকপা থুংলৈ। ১১নি মিংথোকাবদা ময়াঙ্গুং-হনগী মহারাজগী মনাক্তা চঙখিএ। অদু থুমিং পুলিশ সিকাই ২০০ মখোই কোক্তুনা থানোকখিরে। ১৩নি ইমশকৈশদা শগাইংকেল পাইএ। ১৮নি মিংথোকাবদা কোইরেং যুবরাজগী মচা পঙ্কাই অম্ব শিএ। থরান থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ২নি নিংথোকাবদা ওয়াংবম চহু ইবেমহল শ্রীধামদা চংখিএ। ৭নি ঈরাইদা বোর সাহেপ থুংলৈ। ৯নি নোংমাইজিংদা রামনারায়ন বাবুনা লৈপাকী কমবা হায়খুমা শনবী ১০৮ শজোম গুরহুনা শ্রীরাধাগোবিন্দদা কৎলি। থামন ১০৮ চাক পিজৈএ। শম ১দা অমা ১ দান তৌএ। ১৪নি ঈরাইদা যেবেন্দ্র মহারাজগী মচা মচা থাংগোকলা ময়াংগী মীয়াৎ গুহুনা খোরকলে ১৭নি নিংথোকাবদা পুলিশ সিকাই ভবিদার ২ জেমাদার ৪ অলদার ১১ সিকাই ১৫২ পেংকুম ৩ কোথোয়াল ৬—১৭৮ অমি বোর সাহেপনা পেননিল পিহুনা থানোকখি। থাংজম চহুনা পোকপা ময়াঙ্গুং শচাবু পিজার সাহেবকী লম্বীগী থবক পীএ। ময়াঙ্গুং রাইমনু থানা সেকিলগী থবক পীএ। ২৮নি ঈরাইদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১১নি ঈরাইদা থুহাবাই। ১৩নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজনা শ্রীবৃন্দাবনগী থুংলৈএ। ময়াঙ্গুং ২জনু, ওয়াংবম চহু ইবেমহু থুংলৈএ। ১৯নি শগোলসেন্দা থুহারাইএ। অদু থুমিত্তা ময়াঙ্গুং মচা লম্বীগী থবক তোকহল্লে। ময়াঙ্গুং রাইমনু সেকিল থানা তোকএ। অদু

ছুমিং শজেনখোং য়োংনা শাবা লোইএ। ২৭নি শগোলসেন্না পাখংমচা অমা সাহেপপু সনাম তৌবদা লোকএ হায়দুনা ?কংেন্দা রৈএ। লুকমাই থুদিং পুদুনা থুজোইনৈএ। মেরা থা শগোলসেন্না হল্লে। ২৯নি ঙিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি ওই। ছুমিং অহুদা মহারাজ, বড়সাহেপ এমনা থৌবামদা কোইজিংগা থোং কাংজৈ শারহল্লে। থৌবাদা হন্মে। মুকনা বাঙ্গাহুৎ থাখিয়ে। হিয়াঙৈ থা মুমশকৈশনা হল্লে। ১৮নি ঈরাইদা মহারাজ লেরাদুন্না চঙখিএ। ২১নি মুংশকৈশদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোইরতু থা শগোলসেন্না হল্লে। ৮নি শগোলসেন্না সেকমপিয়াব বড়সাহেপ বাদকাংয়াম চংখি। পে অচৌবা মথোন ৩ তুবা ১ থুলোং পে অচৌবা ১ লুপাগী কাকোক, কাইশেন লেনথাং ১, শেনথক লেনথা মথোন ২ তুবা, লুপাগী চাইথলেল ১, শজেশ্বী পনেং ১. লমথাং থুংহৎ অচৌবা ১, লিকংজেম জেন্দোং থমা হাম্না ১, লুপাগী থুমৈশেল ১, পুং অমৌব ১, অখিবা ১, পুংলি থুংথাং লাইকন কক অয়োমবা ১. কিরুক ২০ তাবু ৪, হাওফি অমাংবা ২, পিগ্‌ৎইনা লোংশা শাবা ২, শেনথা মথোন ৭ তুবা ১, মৈতৈ চেথাং ৮, অগোই শোংজোই অতুবা ১, থুবোময়াই, থুদায়াই, মুকা কনেক ১, কাঙ্গং মচু ৭, উচি থানবা উপু, চৌবর মপু ১, থুলোন থোংউপ মানা কোজোম থিনবা পু ৩, লুপানা কোজোম থিনবা পু ২, থাং জামা মনা মথুম থিনবা পাম্বোম মরুম শাংবা ১, মথুম পাজবা ২, ঊমিং থরুবা লেমগী থুজাই ২, থুজেং থুজাই ২, হিয়াং তোংবদা শেংনবা লিথেম শমজিন পোংলোই অতুবা, লমিং মরু, নাপু কনেক ১, লৈ কনেক ১, কুলাপমচু কনেক, হিগোক কনেক ১, কুমলং কনেক ১, হলাম মপাল কনেক ১, কিগে কনেক ১, নাপুং তাজোই পনেং ১, কোন্দুম পনেং ১ নাগী জোমাই পিংৎইনা শগোল শাগা ১, শগোম শাবন ১, থোংজাইগী তাবু ২, হাওগী থুং থোংমবা ১, থুদৈ মনাতাবী ১, অথেবগী ১, ছুমিং লমিং থাবা ১, কিজিন অশংবা ৯, মাথুম অকাংবা ২, অচৌবা ২, কৈজোম মপান অমুবা ১, হাওগী কিনু ১, শৌবি কি ২, চুগী ইম ১ অসি মেলাগীনি হায়দুনা পুখি। ১৮নি লোংমাইজিংদা চাক তাংএ। কৌ শংবাই ১দা লুপা ২ গীএ। পোইরতু থা থাওজমা হল্লে। সংক্রান্তিশু হৌএ। অচু ছুমিংদা শমজেথোংদা হদুমাক শরুম ২, লোংশা ২ শাদুনা হাপএ। ১৩নি মুমশকৈশদা মরামুংহন মচু হাওবম চদু পুথংলে। ২১নি ঈরাইদা লুবোংএ। ২৩নি থাওজমা মরুমসহেপনা মচু মেম লোকপা থুংলৈএ। কাবচীম থা মেংমাইজিংমা হল্লে। ২মি

নিংথৌকাবদা ময়াম্বুংহল্লে, হাওরমচা থম্বৌ শেন্দুংবগে ২মা জিরিদা লৌশেন্দা চংলে। ৮নি থাওজদা এড়সাহেবমচিংবা মণিপুরদা লৈবা সাহেপ লেমহু থৌবান লৈশাংথেমদা শিকার চংলে। হুনিং ৫নি লৈরগা হুরকএ। ১৫নি নোংমাইজিংদা নোংপৌ ম তাদনা তাওথোইনাইগী মখল ওইনা লৈচিন অতৌবনা থোকএ। ময়াইদা মাগী মচুগুম কোরি চেন্নে। অমুগুম অমুবনা থোকএ। ১৫নি ইমশকৈশদা মচেম শিজ ওকোম মাগী কুন্তোন তৌএ। থাশি নোং নিংথৌকাবদা হুনিং শানা কংএ। অহু হুমিত্তা রাজনারায়ন বাবু শিএ। কাইরেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। সংক্রান্তিমু হৌএ। ১৫নি লৈপাক-পোকপদা থা শানা কংএ। অহু হুমিত্তা তাংখুল হাও ১গা লমুই হাও ১গা দারুগানী পুন্সিনা ইরুপলৈএ ২মা শিএ। কুপা ১০০।১০০ পীদি। অহু হুমিত্তা ককচিং খুলেম, বাইরি ১ পলেন অসি পকাই কম্বা তোকহনখিরে। মমাংদৈ কমনাইবনা তোবা হৌনবা অহু তৌহনখিএ। লমদা থা মুমশকৈশদা হল্লে। সংক্রান্তি হৌএ। ৩নি ঈরাইদা ময়াম্বু হুম লৌ শেমগৈবা থুংলৈএ। ১২নি নিংথৌকাবদা বোড়সাহেবনা তারিয়ান চিং অসি শনগাড়ী চৎনবা লম্বী শেমমো হাযচনা হোপাইদুনা শেমএ। শজিবু থা ঈরাইনা হল্লে। মলমাস ওই। সংক্রান্তিমু হৌএ। ২নি থাওজদ বড়সাহেব ময়াম্বুং অহল ২মদা জিরা উন্দ দা মী তাহল্দুনা লৌ শেম্মু চায়দুনা কাছাকপী মী লৌ শীন্দুনা তাংহল্লে বামন ১ মৈতৈ ১ পাঙন ১ নমশুদ্র ১ পাতনি ১ দেশবালি ১ মু'চ ১ শাগৈ তাং ৮ মসি মনিপুরগী সিমানাদা ত'ংহল্লে। জিরি উফুং লৌ শেমহল্লে ৬নি মুমশকৈশদা অবাংলমদগী তারুক্ষি ক্লাবুবা থুংলৈএ। ২৯নি শগোলসেন্দা লেমাকুম্বগী মহারাজনা গোড়থোনবপদা শ্রীগোবিন্দদা বেদ ৪ কৎকে হায়দুনা মা পূকনিং নিংদুনা নাইমমুংগী বামন থাবন মচাগা লোয়নদুনা কাম্পীদা ঋগ বেদ ১ চতুর্ব্বেদ ১ সাম বেদ ১ অথর্ব্ব বেদ ১— বেদ ৪মা লৈদুনা থোরকএ। জিলা ঘ্নোরবদা হাওবমচা থম্বৌ শেন্দুংবদা শিজদুনা পুথোকহল্লে। বিষ্ণুপুর ঘ্নোরবদা থামোম লেংতা পুং ইশৈ থৌগল-লাংগন পূজক ওদুনা শ্রীগোবিন্দদা নওবংকা লোয়ননা মহারাজনা কংলে। থাশি নোং থাওজদা বিষুব সংক্রান্তি ওই। সেকমাই লৈতোনগী কুম শক ১৮২৯—২নি নোংমাইজিংদা শজিবুগী পালোক ওই। অহু হুনিং ময়াম্বুংহন্না জিবি লৌ শেম্বা চংলুবা থুংলৈ। ১৮নি মুমশকৈশদা মহারাজনা ইবুংশি লৌরুংপুরেল তাংবগী শোয়াং শ্রীগোবিন্দগী থাওজো শোল্লে। ২৩নি

নোংমাইজিংদা মহারাজনে গুড্ডো সাহেপনে পুম্নোম্না শিকার চৎলে। ২৪নি নিংথৌকাবদা যোড সাহেপনা মনিপুরগী বিচার তৌনবা মেম্বর ৬ হাপএ। মরাক্তুংহনচিংনা ষ্টেট অফিসতা বিচার তৌবা হৌএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ গুড সাহেব ২মা থুংলৈ। ২৬নি য়ুমশকৈশদা পানা ৪মা লমজেল তাম্লে। কালেন থা নিংথৌকাবনা হৌরে। ৩নি য়ুমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু ডুমিত্তা সাহেব পুরমকা মনিপুর পুখ্রা তিরবদা শ্রীমহারাজনা লৈপাক শিটৈ দরবার তৌএ। হিয়াং, কাংলৈ, মুকনা, তা হুমকা, থৌরী চংপা লাই হয়াগবা, জগোই শাথা, ইথৈ শকপা অহিং চুংখিল চুমিং ৫নি তুমৈ তৌএ। থাজ মোইরাংগ্র উথৈ শকএ। চাক তাংএ, চেং মন ১দা লুপা ৫ পীএ। ইচা থা লৈপাকপোকপনা হৌরে। ৫নি নোংমাইজিংদা ইরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎনা মোয়কচোমচা খুত্তা-থচাযু মহোশাগী হাওমচা কাহলে। শত্ত লিংখৎলো হায়দুনা লিংএ। ইত্তেল থা শগোলসেন্না হৌএ। ৬নি ইমশকৈশদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৭নি নিংথৌকাবদা যোডসাহেপ কাহচুপ চৎএ। কৈ ১ কাংবকএ। কৈ কাবা হাওদা লুপা ৫ পীখি। থবান থা ঈরাইনা হৌরে। ২নি নোংমাইজিংদা থবান কাইথোক শাংলে হায়দুনা মহারাজ লেঙএ। মা থুংনা হেক্তুনা শ্রীগোবিন্দগী কংলে। ৭নি শগোলসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি ওই। ১৪নি শগোলসেনগী চুমিদাং শঙাইশেল পাই। ১৬নি থাংজদা চিংমায়খোঙনাংদা লাইনা লাওএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা নিংথেম পুখ্রিদগী মইরেনা ঈশিং পুশিন্নে। লাংবন থা নোংমাইজিংনা হৌরে। ৪নি য়ুমশকৈশদা মহারাজ লাই ইরেন্দা লেঙএ। অহু চুমিং য়াইঙংপোকপিদা থাও ২ ঈশিংদ শিএ। ৫নি শগোলসেন্দা ককয়াইদা খোমত্রাম চাওবীনা মখা পাংনা য়ানলে হায়না চৈরাঙ্গা পুখংলে। কাংলোক্তা পীএ। ২৬নি ঈরাইদা তায়হি যাংবুবা থুংলৈ। ১১নি য়ুমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ চুমিং হি শানবগী থিকা লাইরিক য়াংলে। মা চুলোই শিংদা সরকারমা লুপা ৬৫০ পিশিনএ। শোক ১৮১১ দা তৌখিবা খবকপু য়ুরাম কৈনৌত্তাবা পাকমগী ঈ পুর্ণসিংগী খুংগানা শ্রীযুৎ চুরাচান্দ মহারাজগী চরোল্লা হন্নচৈ। নত্তোন মুরচন্দ্রগী হাকতত্তা নিংথৌশাগৈ হাউদোকপিয়বনি লাইরিকতনি চনহৌদরে। মা লোংদম অমত্তনি তাগীত হায়বা হংগৎচৈ, তোপ পারোংত্তা কথা নিংথৌজাখা নাহারুপ লাকপা চৈরাপকী মবুথৌ মন্ত্রী অসিদা হংউ হায়না মবুথৌ ইবুংগো মন্ত্রী নিংথৌজাখদা

হুৎনদা -হায়দোকপিবগা ঙম্লেম্লি,- চৈরোল পাম্রোংবা বাইনবনি হায়রকপা মহারাজনা পুবাম চনবিরে৷ হায়দুনা কুম্বাবদা চনখি। ২৫নি নগোমবেন্দা কাংজুংলদা চৈক্রুমবদা লৈবী হুপী ১দা মচাবু থালো মাজা হায়দুনা পুথৎলকএ। ঙিরাইদা মা-মুঙশাইকেশদা হৈ। ২নি নগোমবেন্দা ননেনবম লমাইদগী সনজিরাম ওংবীনা মনাপ' থংনবদা মথক্না নকাইদা মথয়াওদা থিরি হায়দুনা পুথৎলকএ। ১মুং মবুধো ইবুংঙো ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শেমলগা লাংথবাব কোন্থু চহি ৬৫ শুনা হুম্বোক্লবা চুডাচান্দ মহারাজনা ভাউরিবা পত্তিংখ্রা ক্লএ। পজিংনা মুংবে। শ্রীমবুধো ইবুংঙো ভাগ্যচন্দ্রসিং মহারাজনা শেমলগা কোন্থুংনে। চহি ৪০ শুনা পাম্লে। অসিগী মতুংদা মবুধো গম্ভীরসিংহনা চহি ৯ পাম্লমএ হায়না হংগংলবদা শ্রীমহারাজনা খোড়ম্বুহেন্দ পিতাম সাহেব ২মদা ভামহুনা হাওবমচা শেল্লুংবা নওনা হায়গী মতমওম্রা লেমও হায়দুনা চিংখক্তা মা শুঙগাই শাই। হাওবনচা শঙ, নগোনশঙ, শামুশঙ, অসি পুম্নমক লোইশিনবদা দেবী পুজা তৌএ। মহারাজ মা রাথং কোন্থুংনি হোংলি রতন শোভা, চৈরোল পকাই রাজ কুমারি, লৈমশিক পুম্নমক পোয়রু থা ৭নি মুঙশাইকেশদা৬পালা আঙন নাহো ইশৈ শক্তুনা হোংএ। থামন পুজাসি ৫৫ দা চাক খোংহুনা চাই অহিং ১ মেলা তৌএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা পোয়রুগী সংক্রান্তি হৌএ। ঘাকচিং থা থাঙজনা হৈ। ৭নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজনা মবুধো ইবুংঙো বামানন্দ মোইরাং নিংথৌ পাঙুৎ অচৌবদা হায়দোকখি। মায়নদি মোংখোমবম চিংনাংখোংমাং ভাবা লুরাং ইনবা কুমুদ শেল্লুংবগী থাম রামানন্দ, তৌব,. চৈতেন্য, অভাংমচা, অসি পুম্নমক হিদাকক্লাংবদগী অহল্লুপ পামা ওয়হনখি। ৮নি থাঙজদা নি খেমগী শামু পকালি অবাংলম চংখিএ। ১০নি নিংথৌ কাংলদা থাইঙবন্দ কৈথেল জিংবনা কুপলে। ১১নি লৈপাক-পোকপদা অহালনমদগী ভাও মথুং থুজেং ককপা ২ পুথৎলকএ। ১২নি মুঙশাইকেশদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি নোংমাইজিংদা লাংথবাব কোন্থুংদা শামু খেদাতমএ। নিংথেমনু লে'এ। ২৯নি থাঙজদা লাক সাহেব থুংলৈ। মহারাজনু চিংমৈরোংদা শামু ভাইবোং তোংহুনা ওকএ। লাং সাহেবকা শামু তোংমিন্নহুনা কোথোজম ইমকম বাজালাদা চঙএ। ময়াঙু অহন সেনাপতিনু, মনাও ওম্ন, মবুধো মোইরাং নিংথৌনু লৈকাই ৪মা পাও চেন্থুনা ওকএ। থাগি নোং নোংমাইজিংদা অর্থদোই খোকএ। কাইরেন থা মিংথোকাবমা হৈ। অহু হুমিং বাংজে শাইরে। হুমিদাং কাবুল অগোই

শাইরে। ২নি লৈপাকপোকপদা কোন্থলেগ অচৌবগী উত্রাল চুরাচান্দ মহারাজবু লাং সাহেপনা অভিষেক তৌএ। লাক সাহেপনা মহারাজবু খুবোং পাইদুনা লৈবাক শিন্নমএ মহারাজগী মকোক্তা তাগী পুহপ হাপএ। অদু তুঙিং মহারাজ, লাং সাহেপ খোঙ্না শিজৈমে তুরেন্দা পান্না হি তারে। শগোন কাংজৈ, মুকনা, খোং কাংজৈ, লাইন্থু হাৎএ। তুঙিদাং অগোই শাইরে। ৬নি ঈরাইদা লাং সাহেব পুং ৭ তাবদা অহাংলম চংখিএ। ৮নি লোংমাইজিংদা অহিং মুহাপাই। ১১নি যুমশকৈশদা শ্রীগোবিন্দজী লোলাম হৌএ। লমতা থা লৈপাকপোকপদা হল্লে। ৬নি শগোনসেন্দা মহারাজ শাগুং তানবা চংলে। লৈতদুনা হল্লকএ। ১২নি থাঙজদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি ঈরাইদা মহারাজনা ইবেম্মা চিংতাখম চন্দ্র পুখংলক্তুনা লুহোংএ। শজিবু থা শগোলসেন্না হল্লে। ১২নি নিংথৌকাবদা বিষুব সংক্রান্তি ওই। অক্রো চাউবগী কুম শক ১৮৩০—১৩নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী পালোক ওইএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা লৈপাক পুন্নমক পুক চংলে। কালেন থা ঈরাইনা হল্লে ৭নি ঈরাইদা লোং চুনবা হায়দুনা শ্রীগোবিন্দজী মুখাতদা শমবী ১০৮ মখোম তমদুনা পূজা তৌএ। লোং খম্মা তাই। পুকচংদুনা শিবদা যুম ইংখোল মুংমবা হাৎএ। ১৩নি শগোনসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি ওই। অদু তুঙিদা কৈথেল মুংলে। ইঙা থা লোং-মাইজিংনা হল্লে। ১৬নি লোংমাইজিংদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌই। ইঙেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১২নি থাঙজদা লোং য়াম্না চুই। ঈশিং চাৎএ। যুম খুনএ। থা ২ পুকচংপনা কৈথেল কাদে। চৈরাপ পঞ্চাই ২মা বিচার লেপএ। কোম্না অমুক কনমে। ১৮নি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি ওই। ২৬নি ঈরাইদা যবেম্মা চৌংতাবস্বীনা মচা ইবুংঙো পোকএ। ২৭নি থাঙজদা মমাসিজ নিংথৌ পোকপি অপোক থাংজবী শ্রীবৃন্দাবন চংলে। ময়াঙ্খুংমচাম্নু লেংএ। শ্রীযুক্তি লমাংথোংদগী হল্লকএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা মবুংখো লোইমাং নিংথৌম্নু শ্রীবৃন্দাবন চংলে। থবান থা যুমশকৈশনা হল্লে। ৮নি শগোনসেন্দা লাংথবান্দা থরাবমমচা তুগী ১ পোকপবু তুঙিং ৩নি তরপা নিপা ওল্লে। ২১নি নিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থাজি শগোনসেন্না হল্লে। ২২নি শগোনসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু তুঙিংতা লৈতৈ নিপা ১মা কবো তুগী ১ লৌএ হায়দুনা কবোদা থাজিনখি। ২২নি ঈরাইদা মহারাজ শ্রীবৃন্দাবন্দা চংলুবা থুংলৈএ। অদু তুঙিং লাংবনগী

সংক্রান্তি হৌএ। যেরা থা লংমাইচিংলো হল্লে। ২৩নি থাঙজদা যেরাগী সংক্রান্তি ওই। ২৭নি ঈরাইদা তাংবম চন্দ্র ইবেমহলগী চাবোক থাজোন থাইএ। হিয়াঙৈ থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১৯নি শগোলসেন্দা য়ুহারাই। ২৫নি নিংথৌকাবদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি থাঙজদা বাবপাইদা মহারাজনে পনজোন সাকেপনে লেঙহুনা কৈ ১ কাই। ২৯নি লংমাইচিংদা মহারাজ থুংলৈএ। পোয়বু থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৭নি নিংথৌকাবদা ধনিষ্ঠা নক্ষত্রনা পানবা শ্রীযু মহারাজগী বাংথৈ লৈকাইদা রাজবাড়ি লোম্বান শঙগাই। শ্রীগোবিন্দজু লেংশিল্লে। শ্রীমমা শিজগী ইবেম্মশিংগী শঙ পুন্নমকনু শঙ কাইএ। ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব পুন্নমকনু চাক পীখৈ। দান দক্ষিনা য়ায়া তৌএ। ২২নি লৈপাকপোকপদা এহ রাজ যোইরাং থুংএ। ২৩নি ঈমশৈকপদা পোয়বুগী সংক্রান্তি হৌএ। ৱাকচিং থা শগোলসেন্না হল্লে। ১৬নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ মহারাজনে তাংবম চন্দ্র ইবেমতোমনে অকল অথৌ ২৫০ সে হাও বেপারী ২৫০ সে অসি লোয়নহুনা ভথেম নিংথৌ উনবা চৎলে। ২২নি ঈমশৈকপদা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিৎ শ্রীযুৎ ভথেন্দা থুংএ। ফাইরেন থা ঈরাইমা হল্লে। অহু হুমিত্তা হাওথমদা থম্বৌ শেলুংবা থুমনলম্বম য়োইরেনহনবা নামৈরাকপম অমুথোম্বা হিদং ওননা ভথেন্দ লৈবা মবু'থৌ পাথংব মুত্তি ওরাং লৈবদা শ্রীযুৎকী ফনবা থয়োম লাক্‌পা লাই থুরুমলংএ। অহু হুমিৎ শ্রীযুৎনচিংবা মীয়াম পুন্নমক তম্বা লেঙথোকলকএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা থুংলৈএ। শামু ১মাচিংমা ম্না জুপা কিরোই য়ায়া পিরকএ। ২০নি থাঙজদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা নোংমাইচিংনা হল্লে। অহু হুমিৎ তাংবম চন্দ্র ইবেমহল্লা মচাশিজ পোকএ। ২২নি লংমাইচিংদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ২৩নি লৈপাকপোকপদা বিত্ত সংক্রান্তি ওই। কল্লেং চাওবগী কুম শক ১৮৩১—২৪নি ঈমশৈকপদা শজিবুগী পালোক ওই। কালেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৭নি নিংথৌকাবদা শ্রীমহারাজ মোইরাং হরাওগা লেংএ। ১৯নি লংমাইচিংদ অমাকচাম্বা পণ্ডিৎ, লোংজাম্বা মাইবা হনবা ২মমা তম্বদা হুংথোং থিংএ। ২০নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ মোইরাংদগী তম্বদা লেঙএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা চাকমদা বাংবেনগী পোয়োম ভাওথংপদা শ্রীযুৎ মহারাজ লেঙহুনা থুমনলম্বম য়োইরেম হনবা নামৈরাকপা য়োইরেম হিদং ২মামা লাই থুরুমলে। লাই ভাওথংপদ

শিঙ্গনা মহুৎ ১ হাপএ। তোপ য়াম্না কাপএ। ১৩নি লংমাইথিংদা লোংচুপলমদা থবানমিচাক মরৈপন্নবা থোকএ। ১৮নি ঈবাইদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা লেংএ। ২৭নি থাঙজদা গুভো সাহেপ য়াইথিপোক চংলে। ইচা থা ইঙ্গাকৈথনা[1] চত্লে। ৮নি ইঙ্গাকৈথদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি থাঙজদা[2] হাও ৫ মী থাংলে হায়হ্না কাপ্পি তৌএ। অহু হুমিত্তা থবানমদা থবানমিচাক চিকনৈএ। ইঙেন থাদি শগোনসেন্না[3] চাল্লে। ৯নি ঈবাইদা[4] শ্রীগোবিন্দজী মাঙোপ তোংএ। পালা ৪ শকএ। অহিং ১ কুংখিল ১ তোপ কাপএ। চৈরাপ, পাগোৎ, কাঙ্গানী, বামোন পুজারী, হুয়োম, পালা, মাইবা শগলেন, তানথৈব, শপাবা শঙকাইএ। ১০নি নোংমাইজিংদা[5] ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিত্তা অবোক্তোন থাজবী শিএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা ইঙেনচৌংবগী কৈ ১ কারকএ। লাইশ্রম মচা ১ কৈনা থোকএ। ২১নি শগোনসেন্না লমলোংথৈজগী কৈ ১ কারকএ। ২৮নি ইঙ্গাকৈথদা[6] শ্রীগোবিন্দজী মাঙোপ্তা অশ্বমেধ চিলা শান্নৈএ। থবান থাদি থাঙজনা হল্লে, ১১নি লৈ-পাকপোকপদা থাবগাইদা লাইশ্রম মচা ১ কুরা শোত্তুনা শিএ। ১২নি ইঙ্গাকৈথদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৪নি ঈবাইদা কোংবা মপান্দা থাইদেম মচা ১ থৌরি য়ান্দুনা শিএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ লংথবান্দা লেংএ। অহু হুমিত্তা নিংথেম পুকপকে হায়হ্না শম্বান্দুরাম মচা ১ কৈথেলদা চৈয়এ। ১৯নি ঈবাইদা লৈমপোকপা লুপালোকপনা শগুন তোবদা থাংজেং মাইবিনা মকোক ককথতুনা শিনা পুথংলকএ। অহু হুমিত্তা শ্রীযুৎ হুংথৈদা লেংএ। লৈজশিজ ইবেম্মশিং লৈপাকী অঙম্বা পুম্নক চাবন্ত তমহ্ন পিৈৈ। ২২নি থাঙজদা ভরা লেংথংলকএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা থাবব চহু ইবেম্মহনগী গুমংদা ওয়ুমী হুতোই ১ উমহ্না তাবকএ। ২৯নি ঈবাইদা ওাহাপুংগী লাইমহুম বাগোম মচা ১ হুজৈদগী হাওহ্নবী ২না শমদা হাণুমা পুবকএ। লৈপাং হিজেন্দ কারভুনা কাদোক্তা শীএ। থাদি নোং মিংথৌকাবদা থৌবান্দা ময়াঙুরমগী ইংখোন্দা কৈ ১ কাইএ। মেরা থা লৈপাকপোকপনা[7] হল্লে। ২নি ইঙ্গাকৈথদা পেচি লৈতামপোকগী শ্রীযুৎ লেঙহ্না কৈ ১ হুমাং

১। তাং ৮।৬।১৯১০ ইং।
২। তাং ২৫।৬।১৯১০ ইং।
৩। তাং ৭।৭।১৯১০ ইং।
৪। তাং ১৫।৭।১৯১০ ইং।
৫। তাং ১৭।৭।১৯১০ ইং।
৬। তাং ৩।৮।১৯১০ ইং।
৭। তাং ৪।১০।১৯১০ ইং।

কাই। ১৩নি লংমাইথিংদা পোইরোম য়াম্বেম্বী পাত্তম চাওমদবী কৈনা ইচিংকোল্লা শ্রীযুৎ লেংহুনা কৈ ১ চত্না কাইএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা মেরাগী সংক্রান্তি হোৌএ। ১৭নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ লেংহুনা লমলাইদা কৈ ১ চংনা কাইএ। ১৮নি ঈরাইদা[1] চীংমৈরোংদ কৈ অচংবা ১ অশিবা ২. কৈ ৩ কাইএ। ২৪নি শগোলসেন্দা ককচিংদা শ্রীযুৎ লেংএ। থাদি মোং লৈপাকপোকপদা ফুংলৈএ। অহু হুমিত্তা হৈতাংদগী কৈ মচা অহিংবা ৮ কাহনা পুরকএ। হিয়াংকৈ থাদি শগোলসেন্দা হল্লে। অহু হুমিত্তা শাৱাদা অহল্লখয়মচা নিপা ১ ঈশিংদা শিএ। ৩নি থাঙজদা ললহাফুদা চবুখম মচা ১ থৌরি য়াম্নুনা শিএ। ১২নি নিংথৌকাবদা[2] শ্রীগোবিন্দজী থোনান হোংএ। ১৫নি শগোলসেন্দা থা খাদা কাএ। অহু হুমিত্তা হিয়াংকৈগী সংক্রান্তি হোৌএ। পোয়ন্থু থাদি ঈরাইনা চল্লে। ৭নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ কোকতাইদা শাথু মোংবা চংলে। ১০নি ঈরাইদা ভতো সাহেব থুংলৈএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা কবোলমদগী পাত্তা শাথু পুরকপা লাবা ২ অমোম ৫ অমাং ৭ লৈহৌএ। ১৫নি ঈরাইদা পোয়ন্থুগী সংক্রান্তি হোৌএ। ১৬নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা থাংজিং খুরুম্বা লেংএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ থুংলৈএ। য়াকচিং থাদি লোংমাইজিংনা হল্লে। ৫নি শগোলসেন্দা হুহানাইএ। ৮নি থাঙজদা শ্রীযুৎ থাজ মোইরাং থুন ২মক্তা লেংএ। ১৬নি লোংমাইজিংদা য়াকচিংগী সংক্রান্তি হোৌএ। কাইরেন থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১০নি ঈরাইদা লোংমাইজিং মখোংদা কৈ ১ কাই। ১৪নি লোংমাইজিংদা পোইরোৌদা য়াঙখম মচা ১ লমথৈনা চাকনা শিএ। ১৯নি ঈরাইদা[3] ইবেম্মা চিংতাম্বম চম্ম মচা ইকুংদো পোকএ। লোংমৈ ১১ থক কাপএ। অহু হুমিত্তা কৈ অচংবা ১ কলকত্তাদা পুন্সিনখিএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হোৌএ। থাদি লোং ইয়ম্শংকেন্দা শ্রীযুৎ ভগ্যচন্দ্রা তাংখরেম খুরুম্বা লেংএ। লমতা থাদি শগোলসেন্না[4] ২ পাল্লে। অহু হুমিত্তা হুহানাইএ। ৪নি থাঙজদা বাংথৈ লৈকাইদা সাহেব মকুগী হুবদা অথেম্বম মচা ১ শিএ। লাম্মোকপা হল্লোকএ। ৯নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎমু ইকেম্মাশিংহ খুংলৈএ। ১০নি ঈরাইদা[5] অহিং ১৩দা থামা মুম্বারি ইএ। ১৩নি হুমশকৈন্দা

১। তাং ২১। ১০। ১৯১০ ইং।
২। তাং ১৪। ১১। ১৯১০ ইং।
৩। তাং ১৭। ২। ১৯১১ ইং।
৪। তাং ২। ৩। ১৯১১ ইং।
৫। তাং ১০। ৩। ১৯১১ ইং।

লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা ঘোষ সাহেপ কলিকতা চৎখিএ। ২৩নি মোংমাইজিংদা মুহৎখাইএ। ২৯নি ইমশকৈশদা উচেকোন অমাকচমগী ইংখোলদা মুতুম মচা অমা কৌবা ১ শিএ। শজিবু থাদি ঈমাইমা[1] হল্লে। অহ্ নুমিত্তা অকম্বা মখাদা খোংগাম চাওবদু মচানা তম্বা খাহুনা চাৎলে। ৫নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ লকু পান্তা লেণ্ডএ। ১১নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ থুংলৈএ। ১৫নি লংগোননেম্বা[2] শজিবুগী পালোক ওইএ। ককচিং চাওবগী কুম শক ১৮৩৩ - ১৬নি ঈরাইদা শজিবুগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ্ নুমিত্তা ঘোষ সাহেপ কলিকত্তা চৎলুবা থুংলৈএ। ১৮নি মোংমাইজিংদা লমজাওত্তোংবদা চুথাম্বগী ইমচৈ চাকপদা মী ২ চাকএ। ১ শিএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা মোইরাংলৈকপগী হাওনা কৈ ১ কাহুনা মহারাজদা কৎলৈএ। অচংবনি। কালেন থাদি থাঙজদা হল্লে। ৭নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মোইরাং হৈখাওবা লেণ্ডএ। ১৩নি লংগোমনেম্বা মচা ইবুংত্তো মা হুংলে। ১৪নি ঈরাইদা কোজেংবম মচা নুপী ১ ঈশিংদা শিএ। ১৫নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মোইরাংদগী থুংলৈএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা কালেমগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ্ নুমিত্তা লমাংদোংদা কৈনা হাও ২ খোকএ। ১ শিএ। কৈদি কাহুবা শ্রীযুৎত্তা কৎলৈএ। অহ্ নুমিত্তা নিংথৌজাম্বা নাহারুপ লাকপা শিএ। ইবা থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ৩নি ইমশকৈশদা মবুথৌ মন্ত্রী শিএ। ১৯নি ঈরাইদা থওয়াগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ্ নুমিত্তা শ্রীযুৎকী ইবেমা চোংথাম চহ্ ১ হাওবম চহ্ ১— বগা পুখৎলে। ২৪নি ইমশবৈশদগী হৌনা নুমিৎ ৫নি বিলাৎ মহারাণী হামগী কুটৈম ওঁএ। ২৯নি নোংমাইজিংদা খুরাইবম কৈথেলদা মাইবম চহ্ মবোইয়োনবী ১ শিএ। ইঙেন থাদি লৈপাকপোকপদা হল্লে। ১৯নি থাঙজদা হাওবম মমকা চিংথামচা নুপী ১ ঈশিংদা শিএ। ২১নি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থা মুমশবৈশদা হল্লে। ৬নি নিংথৌকাবদা চিংথাম লৈকাইদা নুপী মচা ১ ঈশিংদা শিএ। ১৬নি ঈরাইদা খোংজিমাইমবোক্তা শ্রীযুৎ লেঙহুনা কৈ ১ চঙনা কাইএ। ২৩নি লংগোমনেম্বা তত্তো সাহেপ কবো চৎখিএ। ২৫নি থাঙজদা লিশমলোক্তা হাও ২ কৈনহুমা শিএ। ২৬নি ঈরাইদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ্ নুমিত্তা ইরোম ওংবী নকোই খোংবাম্নোং কৈথেলদা শিএ। ২৭নি নিংথৌ-কাবদা খোংথাত্তাবম থামোম মচা নুপী ১ ঈশিংদা শিএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা

১। তাং ৩১।৩।১৯১১ ইং। ২। তাং ১৩।৪।১৯১১ ইং চৈরাওবা।

অইথোক লৈকাইদা থাইদেমমচা থুপী ১ শাবৈ চোইনা ঈশিংদা শিএ। শগোলশেম মচা নিপা ১মক মকম অদুদা ঈশিংদা শিএ। লাংবন থাদি ঈরাইনা হল্লে। ৬নি ইঙ্গশকৈশদা ওংবম চন্দ্র ইবেমচেঙবা মচা ইবুংতো পোকএ। ১৬নি থাঙজদা হাওবম মেঙোবনচিংবা নিঙ্কেন্দ্ৰী কৈ ১ কাহনা শ্রীযুক্তা কৎলৈএ। ১৭নি লোংমাইজিংদা ভাংবম চন্দ্র ইবেমচা মচা ইবেম্মা পোকএ। নোংমৈ ১৭ লক কাপএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেবা থা থাঙজদা হল্লে। ৫নি ইঙ্গশকৈশদা আদ্বৈত প্রভুগী থুদোমবী ভজ ওইএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা মমাশিজ মচা ইবুংতো চন্দ্রহাস ২মা ব্রজদা লেঙখিএ। বৌখক লাইজিদা থরানামিচাক মীচং মথা থোকএ। ২০নি শগোলসেন্দা আদ্বৈত প্রভু ভজ ওইবদু হাংথে লৈকাই নিংথেম পুক্রিদা থাদখিএ। অদু তুমিত্তা শনবী ১০৮ মথোম শুমহনা আদ্বৈত প্রভু জিবন্যাস তৌএ ২৬নি ইঙ্গশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু তুমিত্তা শ্রীযুৎকী মনাই শংপারবা পুম্নমক মন্থংগী লম্বাই মথাদা চেকপন কোইবা হৌএ। ২৭নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎনে ভাংবম চন্দ্র ইবেমচেঙ মথ থুং-হল্লে, অতোম নিংথৌনে থুরাই লৈমনে জগোই থুংগু নে অসি পুম্নক শ্রীবৃন্দাবনদা চঙখিএ। থাদি মোং লংমাইজিংদা সূর্যগ্রহণ তৌএ হিয়াঙ্গ থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। অদু তুমিত্তা তৃতো সাহেব মথাবম চংখিএ। ৮নি নিংথৌকাবদা হাওবম মরক্তা লৌবেম্মমচা থুপী ১ ঈশিংদ শিএ। অদু তুমিত্তা শগোলদা কাওহনা পাওন শৈশ ১ শিএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎনা বৃন্দাবনদা মহারাস কৎলে। ২৬নি ঈরাইদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোইদু থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৯নি শগোলসেন্দা কোইগে শংবম লৈকাইদা গুরুমযুমচা নিপা ১ ঈশিংদা শিএ। ১৮নি ঈরাইদা মমাশিজপা মরাঙ্গুংতোনগা ২মা শ্রীবৃন্দাবনদগী থুংলৈএ। ২২নি লৈপাক-পোকপদা বিলাৎ নিংথৌ পঞ্চম জর্জ অ ফেথক তৌএ। নোংমৈ মরু কাপএ। লৈপাক পুম্নক থাওমৈ থাল্লে। কুম্মৈ তৌএ। ২৪নি শগোলসেন্দা পুরাংশংবমদগী কৈ অচংবা মচা ১ কাইএ। ২৬নি থাঙজদা পোয়নুগী সংক্রান্তি হৌএ। তাকচিং থা শগোলসেন্না হল্লে। ১৬নি লংমাইজিংদা থোব সাহেব বিলিতগী থুংলৈএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা শ্রীমহারাজনে ভাংবম চন্দ্র ইবেম্মনে, অতোম নিংথৌনে, থুরাই লৈমনে, মরাঙ্গুংহল্লে অসিনচিংনা মীরাম শ্রীবৃন্দাবনদগী থুংলৈ। ২২নি শগোলসেন্দা লাইরিথৌ থাগেম্বনা লোথা মৈতৈমা

কোৎরোম তাইবোম্বী মৈদিংঙু নোংপোক থাইবং পামহৈবনা লৌবা শ্রীমতি কৌৎরোম খোকচোম চন্দ্র জানকী শেমবি পাইখুলাম্বী শ্রীমতি কৌৎরোম খোকচোম চন্দ্র তাম্বুথতি নোংপোক থাইবং খোম্বী মহারাণী ও তুবগী থাকফি হায়দুনা শিংজৈ তাবা খোকচোম শুনধজ পিবাগী ফুদাদু মোইরাংথোম তাবা খোকচোম থানিং শেনুংবগী ফুদা ২মসি মমাওচৈগী মতমগুম্বা শিজপাম ওইহনবি। ১মুং মৈদিংঙু মনিক মুংনাং খোম্বনা[1] লৌবা শ্রীমতি মোইরঙ-লোম[2] থিয়াম চন্দ্র তমলেন খোম্বীগী মপাম কৈরোইজম থিয়াম থুরাই তাবা লৈশংখোম্বা পিবা লমুন তাবা থিয়াম পূর্ণসিং পিবা ফুদা ওগী থামসি মমাওচৈগী মতমগুম্বা শিজপাম[3] ওইহনখিএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা থাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। কাইরেন থা থাওজনা হল্লে। ৯নি লমোইজিংদা মুতো সাহেপ নিলিপুগী থুংলৈ। ১৮নি নিংথৌকাবদা তখেল লাইথাম লোলাই তোংবা ২ থুংলৈএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা শজাই মমাওদা ঈশিং পেরে শেমএ। চক্র পান্দুনা ঈশিং চাইহল্লে। ২৬নি লৈপাকপোকপদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা নোংমাইজিংমা হল্লে। ১৩নি ঈরাইদা তখেল চিরাংদা শ্রীযু· লেঙহুনা কৈ কোইবদগী মী ২ শোল্লগা হেনখিএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা থুবাইদা ময়াং লোবি ২ ঈশিংদা শিএ। ২৩নি ঈরাইদা নিংথৌ স্বা নাহারুপ লাকপগী মচাগা শৌবাইজাম্বা মেজোমগী মচাগা শ্রীযুৎ লেঙহুনা শঙাইরোমদা লুপা ১০০০ থানহুনা শগোল তাথে। শৌবাইজাম্বা গোপালমচানা খোইএ। ২৬নি শগোলসেনদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু থুনিত শ্রীযুৎকা সাহেপকা লুপা ১০০০ পিবা তেলোং[4] থানহুনা কাংজৈ শারেএ। শ্রীযুৎদা তথএ। থাশিনোং নিংথৌকাবদা তখেল নিংথৌগা মমাও ওগা বাবু ৪ কমনাইবা ৭ সাহেপ ১ সিফাই ২৫ তগা মী ৬১ থুংলৈএ। অহু থুনিত্তা কাংজৈ অথোংবী শামহুনা য়েংহল্লে। শজিবু থাদি লৈপাকপোকপদা হল্লে। অহু থুনিংতা হোলিনে য়োংতবী কাগী য়েংহল্লে। ২নি থুমশকৈশদা থুবাক ইশৈগা সবাক জগোইগা য়েংহল্লে। ৩নি শগোলশেনদা শোত্তাপর্ব য়েংহল্লে। ৪নি ঊবাইদা তম্‌গী থুবাক ইশৈ য়েংহল্লে। ৫নি থাওজল থুলং

১। মৈদিংঙু মনিক মুংনাংখোংবা—নেবেন্দ্র মহারাজ।
২। মোইরঙলোম—নুরাং সেক ওইবা লোকী মিংতোন।
৩। শিজপাম —মহারাণীগী খপাম।
৪। তেলোং—কপ।

ইথে তাহল্লে। ৬নি নোংমাইজিংদা ভুরেন অচৌবদা অচম্ভূন-লাইকম, নাহারুপ-থাকম হি তাবদুনা লেংহল্লে। শিরা শিরা থোইএ। ৭নি নিংথৌকাবদা শগোল কাংজৈ শাল্লেএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা অথোংবী শাল্লে। ৯নি যুমশকৈশদা মুকনাগী থৌশাবগা লেংহল্লে। ১০নি শগোলমেন্দা ভথেন নিংথৌ চওবি। ১১নি ঈরাইদা সেকমাই লৈতানপোক্কা কৈ ১ চঙনা কাইএ। ১২নি থাঙজদা হবাওহল্লে। অরাম্বাই হল্লি। পাঙনা মন ভোই। ১৫নি নিংথৌকাবদা থা শানা কংএ। ১৭নি যুমশকৈশদা লমাবম লৈকাইদা চোংথাম নিংভোল অমা ইমুংদা শিএ। যুম মাংএ। ১৯নি ঈরাইদা ইরম সিকাইদা মরা মকখীনা মরা হকপাম্নবু থাংনা মান্দুনা পুথংলকএ। ২৩নি থাঙজদা বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। সেকমাই লাবঙ্গী কুম শক ১৮৫৪—১৭নি নোংমাইজিংদা শজিবুগী পালোক ওইএ। কালেন থা শগোনসেন্না হল্লে। অহ্ন ছুমিত্তা মহারাজ লাংথৈদোংদা শিকার চৎলে। ১০নি ঈরাইদা মমাশিজ মোইরাংদা লাই খুকনা চংখিএ। অহ্ন ছুমিত্তা যুহারাই। ছুংশিং হান্না শিন্দুনা ককলাং কিম্বে। শ্রীগোবিন্দজী বৈথোপ্পা শংভম্বদা লোকএ। ১২নি নোংমাইজিংদা নিংথেম থুংলৈএ। মমা শিজম্ব থুংলৈএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি হোওএ। থাশি নোং শগোনসেন্দ বামাচরোম বাবু শিএ। অহ্ন ছুমিত্তা নোংচুপলমদগী লোইবোন হাওনা মোক কৌবা শা ২ মহারাজদা কৎলৈএ। ইভা থা ঈরাইনা হল্লে ৭নি শগোলসেন্দা যুহারাই। অহ্ন ছুমিত্তা শ্রীযুৎ স্না মাথং মৈতৈ লাইনিংবী চৈথারোল কুম্বাবু ইংগ্রাজিনা শিল্লে। ১৫নি শগোনসেন্দা অমুক্তা যুহারাই। ১৬নি ঈরাইদা হৈরাংগোই থোংদা অরাম্বম মমোম্না মরাংলৈবা ছুপী ১ থজাই লোংলোই চুপখিএ হায়দুনা কাদোক্কা থমএ। ২১নি শগোনসেন্দ শ্রীযুৎকা ইংেরাজপা কাংচুপ খুন্না লেওএ। ২৩নি থাঙজদা লানশোয়ৰিন: লৈবা চবুংবম গোপালনা কবুই লৈশাংবী ১ লৌদুনা হাও ওনখি। ২৪নি নোংমাইজিংদা ইবেমহল ২মা থুংলৈ। অহ্ন ছুমিত্তা হিদংমযুম থাকুর মুহোন যুহারাবদা গোবিন্দগী থৌগল কংদুনা স্না থুজি লমথাং চুংলং থাদেন চৎপা লৌ পরি ৩ পীএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা মহারাজপা থৌবান খুনপা পাচা মাপেংবী লৌ পিদবগী নিঙাই ভোনদুনা অমুক পুং ১০ তাবদা থৌবানগী নিঙাইচাওবা মী-৩২ কাদোক্কা পীএ। ২৮নি শগোনসেন্দা থৌবান্না লান্নি হায়দুনা লুপা ৪৫০ লৌদুনা থাদোকএ। থাশি থাঙজদা ইভাগী সংক্রান্তি ওই।

শগোল আবরিবু হুইনা চিকপবু ঙাওরকুনা মী চিকে ঙাইরে। কাহুমা লিকাই পুরে। ২৭নি নোংমাইজিংদা কবোদা শাবু লৈতে হাররুনা মাইক্যা মেরুর থুংলে। মাংবন থা শগোলসেন্না হল্লে। ২নি ঈরাইদা মহারাজ কোকচাইদা লেংখিএ। ৫নি লংমাইজিংদা ইরোইশেম্বদা কমদোম পেমা শকপা ১ থাংবা মাম্বুনা হুরেন্না থাদরমবে। ৯নি থাঙজদা চোংথাম চদ্রু ইবেম্মা হাওবম চদ্রু ইবেম্মা ২মা মহারাজগা লুহোংএ। ১০নি থাঙজদা লাংবমগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু হুমিত্তা মাইব্যা মেচোর শিএ। থানির নোং শগোলসেম্মা থা শানা কংএ। ১৬নি ঈরাইদা মোবোক ইংখোল্মা উপচা ১ থাংবা মাম্বুনা শিররুএ হায়রুনা পুথংলকএ। ২২নি শগোলসেন্মা মহারাজ থোবাল্মা লেংএ। ককচিংদগুী লেংএ। ২৯নি মুমশকৈশদা বাংথে লৈকাইদা হুইরোম মচা নিপা ১ হুইনা চিকুনা শিএ। মেরা থা ঈরাইনা হল্লে। ৬নি মুমশ- কৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি মুমশকৈশদা রাজবাটীগী কৌক্রপাংমা বাজালা শাহুনা মেম সাহেপ মম মচা হোংজিল্লে। ১৪নি থাঙজদা অঙ্গোমগী যুগী ১ ঈশিংদা শিএ। ২৩নি থাঙজদা মোইরাং কমপুদগী কৈ ২ কাহুনা পুরকএ। হিয়াঙৈ থা মোংমাইজিংনা হল্লে। ৪নি মুমশকৈশদা বামন গুরু ময়ুমগী গোপাল মনাওবু ইবুংশি উরুং পুরেন ময়ুমগী চাওহু ওমা নবানবাবুগী একাগাড়ী অই হায়রুনা কাদোক্তা শীএ। হিয়াঙৈ থা মোংমাইজিংনা হল্লে। ৭নি থাঙজদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু মুমিত্তা উরুংপুরেন ময়ুমগী ইবুংশি চাওহু শিহুমা বামন ২ পাঙন ২ জিলা খরচ তৌহুমা পুশিনখি। ১০নি মুমশকৈশদা শ্রীযুৎনে ইবেম্মা ২মে লমলাইদা লাই খুরুম্বা লেঙএ। ১৬নি মিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ নোংমাইজিংদা লেংএ। ১৮নি মুমশকৈশদা থুংলে। ২৪নি নিংথৌকাবদা কাদোক ৩ চেনখিএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা ভগ্না কাই। অদু মুমিত্তা মুহারাই। ২৬নি মুমশকৈশদগী হাই। থাশি নোং নোংমাইজিংদা অকোইরুম লৈকাইদা নোংমাইথেম মচা ১ শগোলগী ভাহুমা শিএ। পোয়রু থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৬নি ঈরাইদা পোয়রুগী সাক্রান্তি হৌএ। অদু মুমিত্তা মহারাজনে মোইরাং নিংথৌনে থাংবমেম খুরুম্বা লেঙএ। ১০নি শগোলসেন্মা নিংথেম থুংলে। ২৩নি লৈপাকপোকপদা শাংবৈথেঙগী কৈ ১ কাবকএ। ২৯নি মিংথৌকাবদা চিংভাংলেনগী কৈ অচৌবা ২ কাবকএ। কোয়ুং নৌরিপা চেনখিএ। বাকচিং থা মুমশকৈশনা হল্লে। ৬নি মিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ কবোরম লেঙখি। ৯নি শগোলসেন্মা থোয়াংথাং মমাঙী নিংথেম

পুখ্রিদা মরাংবোবী নিপা ১ তান্থনা শিএ। ১২নি নোংমাইজিংদা জিংথেম থুমলৈএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎকী দোলান মঙ্গদা মকু ১ চঙ্খনা লাই থুরমএ। মাইচম পান্তা থাদোকএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজনা তখেলঙম কুত্তি মেম্বরবু হিদাক কানবদগী থাযম পানা ওইহনখি। কাইবেন থা ঈরাইনা হল্লে। অহু মুমিত্তা শামুরাইলাংপাগী বামোন মুগী ১ পাউনদা ভাংনরমহুনা কাদোক্তা পীখি। থাদি ঈরাইদা কবোদগী বোড় সাহেব থুংলৈ। লমতা থা থাওজনা হল্লে। মুহারাই। ২নি নোংমাইজিংদা শুক্রমুদা থ্রাংজম মচা ১না মপা নাওনবা হাংলে। ৬নি ঈরাইদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ৭নি থাওজদা শ্রীযুৎনে সাহেপনে লাংমৈদোংদা শিকার চৎখি। ১১নি লৈপাকপোকপদা অরাংলোমদগী জর্নেল সাহেব ১ থুংলৈ। ১২নি ইরুলকৈলদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। ১৪ ঈরাইদা মৈদিংগু খুমোম্বগা থুমন নিংথৌ পিথোন লাইবগা কৈবী শওমুংদা শোরুবদা নোংমাই পিথোন লাইবনা তকশিল্লকপদা মদাইরেম হোংনেমগুম্বা নিংথৌকমবদা মৈদিংগু ইবুংঙো তাও ও। নদাইরেম এদি খোইমা ইমাই ওল্লোই নোংমাই পিথোন লাইবগা শোরুচৌগে মোমল্লু তালোই মরুপীবু কৈরাং মচায়ান তাংজিং মরু পন লোইদাম থাবুম তহোরে ইপারি শাংলমবদি লাইরেনলক্তা থম্বিও ইমোম ফুইনরনদি তালোইশিংদা চনবিও তায়দা মোমনখিরে। মৈদিংগু খুমোম্বমা মাগী থারবী মথে অবা অনা কৌকপীখি। মৈদিংগু চিংথংখোম্বনা শওাইরো লাইগী কুম শক ১৭০৬ তা হোংনেমগুম্বা নিংথৌকনবগী থারমথৈ লৌখত্না লাইফম পানাদা তিলহন্নখি। অসিগী মতু ইমা শ্রীচুরাচান্দ মহারাজনা হোংনেমগুম্বা লাইফমইনবা খোংনাং কৈফেকপা তাবা পোবিত্রোসিং পিবাগী কুজাবু অবা-অনা কৌকপীখি। থানিন নোং থাওজদা থা শানা কংএ। ২১নি ঈরাইদা লৈপাক পুন্নমা পোংথাং ক্লোকএ। খোংফম পুন্নমা নিজাম তৌএ। ইরামবদা মী ১দা লৈশা ২। মু লোএ। শজিবু থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৬নি থাওজদা প্লোংকমগী খংনহুনা তভো সাহেপপু ঠৈকহন। কাংজম মিংতোন চমুবু কাদোক্তা পীএ। ৭নি নোংমাইজিংদা বিযুব সংক্রান্তি ওই। অন্নো খোনুসিংগী কুম শক ১৮৩৫—৮নি নিংথৌকাবদা শজিবুগী পালোক ওই। ১৫নি নোংমাইজিংদা শ্রীগোবিন্দজী মবাহদা শ্রীযুৎ লেংথোকএ। থাবুশিংগু মাওনা থাবগাইবমগী লৈপাক মীয়াম্না মহারাজগী মনাই লাইরম অমুজাওনা লুপা চাথি হারনা লাওবহুনা গোবিন্দজী মমাংদা থাশকহনবদা

ঙাখি হাৎবা লুপ্লাক্ত শ্রীযুৎনা হনবিখি। মতুংদগী লাওরবা খুন পুমদা লুপা হনবিখি। থাশি নোং কৈলপাকপোকপদা হাওবম চন্দ্র ইবেমচোবা মচা ইবুংচো পোকই অমত্তু হুমিংকি অহিংদা শগোলবম চেরা কৈথেলদা বামন নিপা ৮ খোংমাং মখোংদা শিরমখে। কালেন থা হুমশকৈশনা চত্লে। ৫নি মোং-মাইথিংদা হাওবম চন্দ্র মচা পোকপগী কাদোক ২২ থাদোকএ। ১০নি শগোলসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থা শগোলসেনা হল্লে। ৫নি লিংথোকাবদা খোংমন মথাদা হাইখোম মচা ১ ঈশিংদা শিএ। ৬নি কৈলপাকপোকপদা হরাপাঙী ২ থুংলে। ৭নি হুমশকৈশদা হুমিদাংবাই লণ্ডাইশেম পাই। অমত্তু হুমিত্তা অংথাগী মীনা লণ্ডাইশেন পাইবা কান্দা যুং ১ মোংখৈ মজোম্ফী ভারকএ হাৎনা হুন্দংলে। পণ্ডিং কুমহুনা লেংবদা লাইশক থংজি হায়না থাজিন্দুনা থমলমখে। ৮নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎনা হর থাড্ডি চাংলেংগা কংলাচোংবি লৌমা লেৎএ। ১২নি নো মাইথিংদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি হুমশকৈশদা শগোলবন্দগী উকংপুরেন মযুম নিংথেমচা অমা সমাখি চোৎবদু চহি ত্তরে সংস্কার চোৎগে হায়না ব্রহ্ম সভাদা লাওরে। ২৫নি লিংথোকাবদা অকলোক্তা মহারাজ লেত্তুনা ঈশিং থাই। কৈলপাক পুরুমৎ ইমকাল মথৈ লেংহল্লি। ইঙেন থা থাওকনা হল্লে ৩নি কৈলপাকপোকপদা লাইকংরম কৈকাইদা লিংথৌমন মচা ১ ঈ শংদা শিএ। ১৪নি শগোলসেন্দা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থা নোংমাইচিংমা হল্লে। ১৬নি লংমাইচিংদা থবানগী সংক্রান্তি ওই। ১৮নি কৈলপাকপোকপদা কদোমপোকপীদগী লণ্ডন চোৎবা ১ কারকএ। ইংনাগী জে.জি.মুর হিরাংখোংদগীনে। ২১নি থাংজদা মহারাজনা অহানি বৌৎ. মৈগী ফি চোংহুনা শুগুদা লেৎখিএ। ২৪নি কৈলপাকপোকপদা নিংথেম থুংলে। অমত্তু হুমিং হুনিংমুংবা মতমদা মোটোর-গাড়ি চোংহুনা মোইরাং তাসা লেৎখিএ। ২৬নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ থুংলে। ২৮নি ঈরাইদা ইহিমপুংদা ইংঙম মধু কাদোকপী চেনখিবা থাচেংনা থিন্দুনা কারকএ। লাংবন থা লিংথোকাবনা হল্লে। ১২নি ঈরাইদা ফকচিং খুলেনগী কৌরি চৌংদা শামু ১ মথক্তা মথৈ কক্লোক ওয়হুনা চোংহুনা খোরকএ হায়হুনা মহারাজনে মখুৎঙী পণ্ডিং অচৌবনে, লোংজাথা মাইথাহনবগে ওবা লোরনহুনা লাই থুরুস্থা লেৎখিএ। ১৪নি মোয়াইচিংদা থুংলেএ। ১৫নি লিংথোকাবদা থা শানা কংএ। ১৭ হুমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা হুমশকৈশনা হল্লে। ৪নি ঈরাইদা চাংপোক্ত কৈথা কেজ্রিমহুর নিজোম

শগোলশেম ওংবী কাবোং লাইথোং কাবদা হুংনানবিদা ঈপিংদা লাইনন লৌহূনা পিএ। ১৩নি নোংমাইজিংদা কৈশামথোংবদা-ঐপা বায়েনথমমচা হুপী ১ বামনানানবী পুখ্রিদা তাহূনা পিএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা ময়াঙ্খুংতোম চন্দ্রহাস পিএ। ১৮নি থাওজদা মেমাপী স ক্রান্তি হৌএ। অদু হুমিং মথৈ পুক্চংলে। হিয়াংগৈ থাদি শগোলসেম ললে। ১৬নি ঈরাইদা পুং ৪ মথাইদা চীক-কমিশোনচিংহূনা সাহেপ ৬ অতাংলমনবী থুংলৈ। ১৭নি থাওজদা হিরাং তাৱৈ। শথোন কাংলৈ শারৈ। হুমিদাং য়ালং শনজেনথা শারৈ। ১৮নি নোংমাইজিংদা হুংখিনম্ হুমিদাংগী হাংগী কুমৈ তৌএ। অদু হুমিদা হিয়াংগৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎকা চিক কমিশোনগা কাংচুপ খুম্বা লেওএ। তমা হন্নকএ। হুংথিন কাংজেবুংদা শগোলা থেম্ কোংবদা, ফিরাল লাকপা তারৈ। শ্রীযুৎনা ফিরাল ওনক লাকএ। শগোল থৌনা থেনা শাথন লৌথোকপা তারৈ। সাহেপনা ঙমএ। ২০নি লৈপাক-পোকপদা কাংজেবুংদা লাই হরাওএ। হৈরাম মথংনা শগোল তোংহূনা অরাহাই ওলে। মুক শারৈএ। ২২নি শগোলসেম্না শ্রীযুৎনে কমেশোননে সাহেপ মরাবনে মরাং ইম্ফালদা শিকার চংলে। ২৪নি থাওজদা হন্নকএ। অহূগী অহিংদা নোং থো'এ লেন য়ান্না তাই। কৌ শিংহূনা পুথিএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা চিক কমেশোন সাহেপ অবা লমদা চংখিএ। ২৭নি থাওজদা মবুথৌ ইবুংঙো থোইবাং নিংথৌ মতুমচা, ময়াঙ্খুংতোম চন্দ্রহাসকী ফুন পুহূনা মতুমচা পুন্নমক শ্রীবৃন্দাবন চঙখিএ। পোয়রু থা থাওজনা ২নি পানলে। অদু হুমিদা থৌবাম, নঙোম খুন ২মামচিংহূমা লৈপাক পুন্নমানা লমতা থাদবী হৌবা লখী শোরোক থোলে। পোংথাং পুরোই হায়না লবকাদা লমথাক থাবগু চীক কমেশোনগী হুকুম মহারাজনা ওমহূনা থুম ১ মা লুপা ১॥০ তরি লৌএ। ওলোল পুন্নমা নিলাম তৌএ। পাংচুপ, হুমেল ইচুপ, পুন্নমাকম্ নিলাম তৌএ। লৌ ইংথোনগী শাজম লুপা ১দা পৈশা ১২ হেলে। পোংথাং লখী শোরোক থোনবা তোকএ। লৈপাকী থানাবা মকোক থাইজিবা অঙৌ, নথোনগী নিংথৌজাম্বা য়াওজবা, লাংপোকলাকপা অতাতোম, নোংমাইথেম্বা, থৌবানগী ওক্রমবা তোলেন, হুয়োম মেবা, নিংঙোনবা চিংলাই, মকোইজাবা হাওজৌ মথোয় ৮ অনি কাদোক্তা থমএ। ৬নি শগোলসেম্না শ্রীযুৎ বৃন্দাবন্দা চেক্শিনখিএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা পোয়রুগী সংক্রান্তি হৌএ। বাকনিং থা নোংমাইজিংদা হলে। ২নি

নিংথৌকাবদা শিংজমৈ মথক্তা লৈবা চোংথাম পানা হাজারীগী মচা ভোলশিশ্কপু চোংথাম উপাজাওনা মতু লাইর হায়হুনা ভানা থিন্দুনা হাংলে। ১৩নি থাঙজদা মবুধৌ ইবুংঙো যোইরাং নিংথৌনচিংবা মও ইবেমশিংগা শ্রীবৃন্দাবনদা চৎলুবা থুংলৈ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। ১৭নি ইয়শকৈশদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি থাঙজদা নিংথৌজংবা য়াওবা-খাইদিবা অঙৌনচিংবা লৈপাকী হাথোক্না কাদোক পিবা থাদোকএ। ২৯নি লোংমাইজিংদা লাংজোন চৌলোম নিংথৌগী লোক্তা উ থানবদা লুবাঙেংবমদা লৈবা যোইরাংথেম মচা ১ উনা নম্নুনা পিএ। কাইরেন থা লৈপাকপোকপদা হল্লে। ৫নি থাঙজদা শ্রীযুৎ কোহিমা লেঙথিএ ৮নি লৈপাকপোকপদা থুংলৈ। ১৮নি ঈরাইদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লনতা থা ইয়শকৈশন হল্লে। ৪নি লংমাইজিংদা ওইনাম খিংঙম্না লৈবা যেনবোমগী কংথোক্কং কৈ ১ লৈরমহুনা থাহুনা শ্রীযুৎতা যংলৈ ৬নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজ থাঙদা লৈএ। ৯নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। ১৩নি লংমাইজিংদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা কোম বোন সাহেব থুংলৈ। ২৪নি ঈরাইদা সেকসপিয়ার বোর সাহেব বিলাৎ চঙথিএ। শজিবু থা ঈরাইনা হল্লে। অতু মুমিঙ্তা থাঙেমদা মোইরাংথেমগী ইংখোলদা লাইশ্রেম ভোনবনা কৈ ১ ফাই। ৪নি নিংথৌকাবদা হিথাংথাং লাইবেন্মদা চাকলোন কৎপা মনাওৌদা ঙবা থেমনা অতানবা, চুংথাম্না মমাই, থুমা অকোনবা কংলকপদা চুংথামনা থুম মাংলহুনা থুমা কংলে, চুংথাম য়াংলে হাওবদা পণ্ডিৎ অচৌবা মবুধৌনা চুংথাম হিমাওহনবনা থুম লোংদগ কংনু থুমা অকোনবদা অমুক কংনু হায়খি। ৩নি লংমাইজিংদা খুইরম্বম নাগ মপাম্দা থামোন মচা ১ খোইরি কক্তনা কুনদমএ হাবহুনা কাবকএ। ৭নি ঈরাইদা চিংঙাদা শজি ১ থোকলকুনা নিংথৌম লৈমক্তা কাহুনা কোমুংদা পুথংলহএ ভমা শিএ। ৮নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজমা নাইমেরাকপমচা ভর্গোন সিংবু বিজয়া শাবোংকী পণ্ডিৎ হাপএ। ১৫নি ঈরাইদা চিঙ্তা পিতম হমা লাংলে। ১৭নি লংমাইজিংদা ঙাংবম চন্দ্র ইবেমহল্লা মচা উবেম্মা পোকএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা বিষুব সংক্রান্তি ওই। অথৌ থেত্রগী কুম শক ১৮৩৬— ১৯নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী পালোক ওই। ২১নি ফকাইদা কৈথেল থাবী মুপী ১ সাহেপকী সিকাইনা য়েরবগী কৈথেম কাইথেং সিকাইনদি কাদোক্তা ১না জরিমানা তৌহনা থাখি। কাজেন থাদি লোংমাইজিংবা

হল্লে। ৩নি লৈপাকপোকপদা মোইরাংথোমদা হুপী ১ শগোল্লা লেৎলে। অহু হুমিত্তা শক ১৮২৯ গী লমতা থাদা অহৈবম নাহারুপ ইনবগা অহৈবম থাকম ইনবুগা খোম্ভাম্বগী লাই পান্নবা হরাওবগী লাইপুবা, কমকম মথক মথা, মুমহুনা শ্রীযুৎ মা মাংডদা, ময়াঙ্গুং অহল সেনাপতি মবুথৌ ইবুংতো মোইরাং নিংথৌ পঞ্জিৎ পুম্মনা মাওনা মা পুম্না থাক্রবদা নাহারুপ ইনবমা চুমএ। খোংজাম পাঙ্গনব হরাওবদা অহৈবম নাহারুপ ইনবদি খোংঙাম্বদা ইন্দুনা হরাওবা য় এথিএ। অহৈবম থাকম ইনবদি হরাওবা মাওদংদ থাহখরে। ৪নি হনশকৈশদা হৈক্রুজম থাংগুবুংদা ময়েংবম নিপা ১ মচানিপাদা যৈহুনা শিএ। মচাদি দারুগাদা থমএ। ৭নি থাঙজদা লোকপচিং মখোংদা ইরোইং হবনা মপুবু থিগুনা নমহুনা থনমএ হায়হুনা পুথৎলকএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা এহারাজ ককচিং দা লেংএ। ১২নি শগোনসেন্দা মহারাজগী মচা ইবেম্মা রাতম নাহুৎলে। ১৫নি থাঙজদা শ্রীযুৎ ককচিংদগী লেডবৎলকএ। ১৯নি ঈমশকৈশদা মাকলংদা মথাংলম্বম মচা অঙোম্বাইমা থৌরি য়ান্দুনা শিএ। ২১নি ঈরাইদা কালেনগী সংক্রান্তি হোএ। অহু হুমিত্তা হিয়াংথাংদা থাংজম মচা ১ থৌরি য়ান্দুনা শিএ। কাংচুপখুন্দগী অবলোকী ঈশিং পুরক্রুনা ইম্ফাল লৈকাই ৪মক্তা য়েনববু থুন ১দা লুপা ১ মথাই লৌগনি হায়খ্রখ্রক ২৪নি নিংথোকাবদা লৈকাই ৪মাগী হুপীমা কোন বর সাহেপতা লৌখিগনি। হায়না লাওববু কোন বর সাহেবনা লুপা ১তা পিহুনা মথাই ককথরে। ইংঙা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১১নি শগোনসেন্দা মহাবলী য়োং থান্দর ১ মমিং মমাং মকোক পানবা ময়াইদ। মমৈপানবা ১ পোকএ। ১৪নি নোংমাইজিংদা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা বায়েন শুভ দান ১ হৌএ। ১৫নি নিংথোকাবদা নিন্থৌথোংগী অবাংথংবদা খোংজাই হাও নিপা ১ ঈশিংদা শিএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা হাওবম লৈকাইদা লৌথৎলে। ১৯নি ঈরাইদা শলাম লৈকাইগী শলাম মচা নিপা ১ খাইদম্বন থাংমগী লম্বীদা শিএ। অহু হুমিত্তা মুমথোং ১ দা ঈশিংগী লুপা ১৷৷০ পিজে হায়হুনা লাইথিক য়াল্লে। ১মুং মরল লৈবনা লুপা পুথোকপত্র লুপা ১০০ দা লুপা ৩দগী হেন্না শেন্দোই হেমকরোই হায়রবা লাইথিক য়ারলে। শেন্দোইনা শেয়েন ওমবত্র য়ারোই হায়। ২০নি থাঙজদা কৈদাপুংগী লৈতোং থুগাই। ২২নি নিং-থৌকাবদা ইভাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি শগোনসেন্দা বিজয়া পারোংবী মমাঙ্গা- জাংলৈ হায়রবা লিমগী, মথঙ্গা হুতোই ১ ভোংহুনা চৎলে। থাশি

মোং লৈপাকপোকপদা খোংবদা মাওরিবা চৈথাবগী মচানিপা ১ লৈহাও হেকপদা তাহনা পিএ। ইচেন থাদি ইমশৈকেশদা হল্লে। ৩নি ঈরাইদা থাদা থবামমিচাক চঙএ। ১৯নি থাঙজদা লৈমপোকপম লোৌবাইদা শগোল মাইসা পিএ। ২০নি নোংমাইজিংদা হঙলাকী মতু মেমপশি হানহ্নবা অহিং লাইরিক লাকুমা ২১নি নিংথৌকাবদা বশাই থোংহুমা মাপ তৌএ ২৩নি ইমশকৈশদা শগোল মাইসপী অহিং লোহংলে। মহারাজ থোকুমা নোংমৈ কাপএ। ২৫নি ঈরাইদা ইকেমগী সংক্রান্তি তৌএ। ২৬নি থাঙজদা লমাংদোং হাও চিনি ইংথোন্দা হাও ওনখিবা থিংবাইগা লোয়নহুনা শন হাত্তনা চাবা মথৈ কাদোক্তা পীএ। থবান থা ঈরাইনা হল্লে। ৭নি ইমশকৈশদা মবুথৌ ম্না মেগজিং পিএ। ১৫নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ ককচিং থুলেন্দা বুধিরাজগী শোরাং লৈহেমনা চংলে। ২৭নি লৈপাকপোকপদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি ইমশকৈশদা হুইকপতা লাইতোন্দজম দিপা ১ ইরানবদা লাইনা লৌহুনা পিএ। অমু মুমিত্তা থোড় সাহেপনা বামোম মুপী ১ মৈতৈহুপী ১ লমজাওদা মশম থাদোকুনা চংলে হায়হুনা মশম কৰএ। অমু মুমিত্তা সাহেপ ৪গা পিকাই ৫০০ গা অমাংলমদা চংথংএ। থাদি নোং ঈরাইদা নোংচুপলমদগী পাক্তিশিংনা সূর্য্যগ্রহণ তৌগনি করিগুবা ১সুং তৌনি হায় বোম সাহেপনা শ্রীগোবিন্দ লোংথোকও হায় শ্রীযুৎ ম্না মাথং পণ্ডিংশিংদা হংএ। মৈতৈগী পাক্তিনা গ্রহোন তৌরোই হায। পণ্ডিৎ পুরমশা করিগুবা ১তা তৌরোই হায়রবু মাদহুনা শ্রীগোবিন্দজী মাগোল্লা লোংথোকএ। শ্রীযুৎসুৎ মথাঙু অহনপু মমাংসিঙপু, মবুথৌ মোইরাং নিংথৌপু লৈপাক মীয়ামপু মাগোল্ল লৈএ। গ্রহণ্দি তৌদে, পুদমপু তৌদে। লাংবন থাদি শগোলসেন্না হল্লে। ২নি নোংমাইজিংদা অমাবম নিত্যাইনন্দগী লাইবক্তা মতং ৪ থোক্না কাই। ৮নি ঈরাইদা কৈথুদা লৈবা পাঙন দবতগ্নিগী মচানুপী ১ বুম চাকপদা পিএ। ৯নি থাঙজদা থোইরোমদা দু থুমদা মমাংলমম গোকুলসিংগা মী ৫ কেনা শোকএ। ১৩নি ইমশকৈশদা শগোল মাইশা চাপএ। অমু মুমিত্তা মচা ইবেমতোন চউমএ। থানিন মোং থাঙজদা থা শানা কংএ। ১৭নি লংমাইজিংদা হিয়াংথাং লাইরেম্বগী তগাংগ মথুন ৩ হোই। অমু মুমিত্তা ললহাম্বুংগী মুংদা মী তাই। ২৩নি ইমশকৈশদা থোড় সাহেপ অমাংলম শিলোং চংখিএ। ২৮নি ঈরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। অমু মুমিত্তা হাওয়া কাংতৈ শামবদা থিংবাইজমগী তোমবোইবু

শগোনা থাদবমহুনা শগোম খুাইরম্বম কৈথেল্দা চেমখিহুনা পাওম ১ মৈত্তৈ ৪।৫ থেৎলে। পাওল্দি পিএ। মেন্না 'থা মোংমাইজিংনা হল্লে। ৪নি ইমশকৈশদা থৌবাল হাওগদা ক্ষেত্রিময়ুম মচা ১ ঊশিংদা পিএ। ১২নি শগোনসেন্দা কোবো খিংজেন্দা থামোন অধিকারী ময়ুমগী হুপী ১ ঊশিংদা পিএ। ২৬নি শগোনসেন্দা থোড সাহেপ থুংলে। ২৯নি লংমাইজিংদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি লৈপাকপোকপমা হল্লে। ১৩নি লৈপাকপোকপদা থাইরেন লৌরাকদা ইরেংহম নিংজোল ১ শাগৈ হৌদুনা ঊশিংদা ফাহুনা পিএ। ২৪নি শগোনসেন্দা মহাবলিদগী ভাহংপুং কাওবদা লৈবা থামোম স্কাম্বোকএ। ২৬নি থাঙজদা বিলাংকী সাহেপনা হবাগাড়ী লৈকবা থুংলৈ। ২৯নি নিংথৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ্ ভুমিত্তা বরলাং শিরে হায়হুনা লাইবিক লাবএ। পোয়হু থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। ৩নি ঈরাইদা পোম্পাংবম উপোকপীসা থোকচোম মচা মপা ১ ঊশিংদা ফুশিএ। ১৯নি লংমাইজিংদা শ্রীযুৎ হবাগাড়ীনা মোইরাং লেংএ। ২২নি ইমশকৈশদা মা কোম্বুংদা থুংলৈ। থাকচিং থাদি ঈরাইনা-হল্লে। ১৪নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎকা বিলাংকী সাহেপকা ২মা লোইনহুনা মমাংদা লেঙখিএ। ২৪নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ জিলাদগী মা কোম্বুংদা থুংলৈ। ২৯নি ঈরাইদা থাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ফাইরেন থাদি থাঙজনা হল্লে। লোইরমদগী থাইরেম ভুনালদা শমাং তোমজাওদা ২মা লৌ মুরবদা দারুগাগী থুগ্রিদা ইকপরবু খাংদবদা চুমএ। ১১নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎনা সিকাই কমপনী ১ লোইমহুনা তপ্রূদা লেঙএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা থুংলৈ। ২১নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ পোংশংবমদা লেঙএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা থুংলৈ। ২৯নি থাঙজদা কাচবেলগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থাদি নিংথৌকাবমা হল্লে। ৪নি শগোম-সেন্দা লোইতাংদা লৈবা অচোম-মচা লৈশাবী ১ থৌমি য়াম্লুনা পিএ। অহ্ ভুমিত্তঃ তখেল চিংয়াংদা য়ুম ৪০ লমথৈনা চাকএ। হুইকপতম্ য়ুম ১ চাকএ। ৭নি মোংমাইজিংদা মমাং ইম্ফালদা শগোমশেমগী য়ুম চাকএ। অহ্ ভুমিত্তা হাংথৈ লৈকাইগী য়ুমলেনবমগী থোংমাংদা নোংথৈ শিংজাং ফাহুনা য়ুম ২ থোংনাংদা শোকএ। ২০নি ঈরাইদা কাদোকনা নিংথৌ শেমশে তৌরমহুনা কাদোক ২০৪-রৈএ। মথোয়না বায়জিন্দা মা বাংথৈবাকপগী মচ থৈবুনথ, শেথোবলিং ২মা ফাগৎলকএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা কর্ণেল সাহেপ থুংলৈ। থাদি মোং নিংথৌকাবদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহ্ হুগি৫'

শ্রীযুৎ মহারাজ পোৎশংবমদা শিকার লেঙএ। ২নি ইঙ্গলৈশদা শ্রীযুৎ লেঙখৎলকএ। অহ্ৎ মুমিত্তা কবো বাকচিংদা কাংজৈ শাম্বদা য়ুমাম মচা ১ শিহ্ৎনা পুথৎলকএ। থাঙবোক্তা খোকচোম ১ ফবলাং থাক তৈবদা থাপ্পনা শিএ। ২০নি নোংমাইজিংদা লুকেরদা শনপোৎ খোইবদা কোজেংবমচা নিপা ১ থকী তেন তাহ্ৎনা শিএ। ২৮নি নোংমাইজিংদা কোম্মা শাবমদা লৈবী লৈশাংথেমমচা নিপা ১ ময়াম্বনা উ মানবদা পাং হিংকাক্তুনা লৌবাইদা থাম্ফুনা শিএ। অহ্ৎ মুমিত্তা থাংমৈবন জিলাসিং খোংনাংমখোংদা চাকান্‌থয়ুম্ব চক্রবী ১ ময়াং গোপালসিং মুবিদারগী একাগ'উীনা' তকথাইহ্ৎন শিএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা বিষুব সংক্রান্তি ওই। খোংবানতাবম চাওবগী কুম শক ১৮৩৭—থাশি নোং ইঙ্গলৈশদা খ ঊফুঙ্ক পাংলোক ওইএ। শজিবু থাদি শগোনসেন্না হল্লে। মলনাসর্ম ওই। ৮নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ মহারাজ মনাও ইবেম্মা তাওবম চহ্ৎ ইবেমহল ময়ম্‌খুং মচা শুভো লাঙেপ বালতোর সাহেব অসিনচিংনা শিলোংদা লেংখিএ। অমি ঈরাইদা মুংশিং থাম্মা শিংলে। যুমকৈ, উজাও য়াম্মা তেকএ। ১৭নি থাঙজদা মেপাল সিকাই ১ ম্না কোম্নুংগী কৈজাওনা দথুং চিংশিন্দুনা মনমগল্লে, মথুংদে খোংলে। ২৪নি ঈরাইদা নোংমাই মতুং পুং ৩ দা মুহাবাই। ২৫নি থাঙজদা চোংথা ইপাজাওমাচংনা কাদোক ১৭ নয়াংদা পুশিনখিএ। কালেন থা থাঙজনা হল্লে। ৪নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৫নি ইমশলৈশদা ইবেম্মা চিংতাথম চহ্ৎনা পোকপা ইবুংঙো য়াইমা নাহ্ৎলে। ৬নি শগোনসেন্দা খোয়াপোংদা লাইশ্রম মচা কুপী ১ ঊশিংদা শিএ। ৭নি ঈরাংদা মবুখৌ পাথংবগী শঙগাহ হৌএ। ১২নি ইমশলৈশদা শিলোংদগী ময়াম্বুমচা থুংলৈএ। ১৬নি থাঙজদা হডসাহেপ শিলোংদা চঙখিএ। ২১নি ঈরাইদা মবুখৌ নোংশাবগী শঙগাই হৌএ। অহ্ৎ মুমিত্তা কোংবা বৈথেল লাইশ্রা পণ্ডিৎকী লৈকাইদা অখোকপা উথোপনা মতু 'লাম্নে' হাবদুনা থিয়াম মচা ইবুংঙো য়াইমবু কলনা থাহ্ৎনা হাংলি হায়হ্ৎনা মতে মনাও কাপ্নলবএ। ইঙা থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। ৪নি ইঙশলৈশদা-ইংজাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি নোংমাইজিংদা লিলোংগী পাঙন ৪না কুম্বিদাগী পাঙন ১ লুপা মুন্দুনা মখাংদা লৈভোই য়ান্দুনা মচিন পুন্দুনা ঈশিংদা থাদবু জিলোমদা লোক্কুনা পুথৎলকএ। পাঙনহ্ৎ কাগৎলকএ। ১২নি থাঙজদা শিলোংদগী শ্রীযুৎ মহারাজ, ইবেমহল, মচা ইবুংঙো থুংলৈ। শজিবু থাদগী ইঙা কাওবা নোংয়াম্মা তাইএ।

ফুরেন লৌময়ান কাইএ। যুম য়াম্না থুমএ। টিঙেন থা লৈপাকপোকপনা[1] হল্লে। অহু ম্ময়িত্তা পুলিসলেন্দা পেবম মচা অতোয়াইবা মঙলাক্লছিন্না শিএ। ৫নি থাঙজা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৭নি নিংথৌকাবদা অথোবপন্ন ঊখোপ মীহাৎপন্ন মতুম্ম কাদোক্তা চহি ১ থমএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা য়ুমাম হউত্রোমদা ওইনাম্মচা ফুগী ১ ঊশিংদা শিএ। ৯নি ইমশকৈশদা বোড সাহেব শিলোংদগী থুংলৈএ। ১২নি ঊরাইদা[2] শ্রীযুৎ মহারাজনা গুম্বুগী মিতমউ পুদম থোকপা থুকম্বা লেওএ। লৌবা পন্ডিৎ, মাইমরাকপা হজবা, থুয়াইতাম্ব লেম্বুংবা অসি য়া থৌগম ইল্লে। ১৭নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ য়া কোয়ুংদা থুংলেএ। ২০নি থাংজদা ভোজ্রম মচা ১ লাংজিংদা লৌ যুমবদা থুনা বাচেংনা য়াম্মুনা পুখংলকএ। থবান থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৮নি ইমশকৈশদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি নিংথৌকাবদা বাংবৈ লৈকাইদা লৈবা য়ুয়াবনা ফুগী ১ য়ুমিং ২বি চেয়ুবম্ব থাংমৈবন্দা লৈবা কময়োন মিপা ১না লৌম্রে। গর্ভ লৈবম্বুনা মিপা ১ পোকএ। মিপা ২মু মচা য়ুমবদা চহি ৫ ওরবদা শ্রীযুৎ য়া মাঙদা থুরুকপী ঈ লেম্বুমা তিরবা য়েংবদা হায়নী য়ুমাবদা তিম্মুনা য়ুমাবনা চুমহুমা অতাংহু লৌম্রে। মমাদি শগোলশেম মিংতোম্নে। শ্রীযুৎ সুরচন্দ্র মহারাজগা মনাও ইবুংঙো কুলচন্দ্র মহারাজগা শিরবা কাম্মুম হিয়াংথাং কাইথ্যা লেখৌগী লাইমচা মাংগ্রবম্ব শ্রীযুৎ চুয়াচান্দ মহারাজগী য়া হাকথক্তা শক ১৮৩৭ থবান থা ১৩নি নিংথৌকাবদা বামোন লাইমযুম ওানবমা মাংথিবা লাই অম্বু লৈহাও থাবা চক্রবর্তিগী লাইশঙদা কংএ। থামেন চংপা করাংজি পীএ। লাংবন থাদি ঊর ইম' হল্লে। অহু ম্ময়িত্তা মীবৈথাক পল-ঙোমগী মুখিদায় মেজোরনা অওন্দায় ১মু শক্তি .শাট হায়মুনা মকম লৌথোকএ। মরেনমু ওৌএ। অওন্দায় অহুনা মুখিদায় মেজোর অহুমু মোংমৈনা কাপ্পুমা হাংলে। ১০নি থাঙজদা লাংবনগী সংক্রান্তি তৌএ। ১২ মিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেওখিএ। ১৮নি লোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। ২১নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎনা প্রজাগী অশোম অনাপুয়বা মী ১দা চে সের ১ পৈশা ৩ য়েল্লে। ১২নি শগোলসেন্দা বোর সাহেব অযামমদা চংখিএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা বোর সাহেব থুংলৈএ। মেরা থাদি থাঙজমা হল্লে। ১০নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সাংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা সাহেবকী মুখিদায় মেজোর হাংপা অওন্দায় অহু অহুক হুখিং থোয়কপদা কার্শি তৌএ।

১। তাং ১৩। ৭। ১৯১৫ ইং। ২। তাং ২৩। ৭। ১৯১৫ ইং।

২৫নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎকা বর সাহেবকা কাংলৈবুংদা- চৈঙথোক্লগা মীহৈবদাক লিকাইগা মৈচৈ লিকাইগা লমজেন থাবহল্লে। মৈচৈদা থোই। থৌমি ভিৎসবহ্ মীচৈদা হায়া থোইএ। মতুং ধরক্তি মরাংনা থোইএ। ২৬নি ইমশকৈশনদ্ থাটৈএ। মৈচৈনা হায়া লোই। মরাংনা কেশা থোইএ। ২৮নি ঈবাইদা[1] শ্রীযুৎ তন্ডুদা লাই থকপা লেওখিএ। অহ্ চুমিত্তা মীচৈ লিকাই ৫০ সমিরাদা থানা কপা চৎখিএ। হিয়াঙৈ থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ৩নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ থুংলৈএ। ১১নি ইমশকৈশদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি শগোনসেনদা[2] মরাম্বুংহন সেনাপতিনা বৃন্দাবনচন্দ্রদা মনান কথলে। পোয়ম্ থা লৈপাকপোকপদা হল্লে। ৬নি লোংমাইজিংদা অতুক পুং ৫ ভাবদা মুহামাইএ। অহ্ চুমিত্তা পাওন তোনবনচিংদা পাওম চনা শ্রীযুৎ, মরাম্বুংহন, খড সাহেপ ওয়াবু হজি ভায়হনা চহি ৩ কাদোক্তা পীএ। ৭নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎনে ইথেমহনে পিলোংদা লেওখিএ। ১১নি ঈবাইদা পোয়মগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা মহারাজ পিলোংদগী থুংলৈ। ২৮নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ ককচিংদা লেওখি। হাকচিং থা শগোনসেম্না হল্লে ৪নি থাঙজদা শ্রীযুৎ ককচিংদগী থুংলৈএ। ১০নি ঈবাইদা হাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি নিংথৌকাবদা থোংকাবম মিংতোন অতোম্বী পাওন্দা ওংখিএ। কাইরেন থাদি ঈবাইমা হল্লে। ১০নি লাংমাইজিংদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি ঈবাইদা মাইবম নিংতোন মাঙবদ ওংবী মাইথোইদা ওা লোবদা লৈমানা চাকুনা শিএ। অহ্ চুমিত্তা কমেশোম সাহেপ থুংলৈএ। ২৩নি থাঙজদা দরবার তৌএ। 'অহল্লুপ-লাইকম, নাহারুপ-থাকম বাংথৈ লৈকাই পুক্রিদা হিয়াং থাটৈএ। য়েংহল্লে'। থোং কাংজৈ মুরা য়েংহল্লে। ২৫নি নিংথৌকাবদা[3] শ্রীযুৎকা কমেশোম সাহেপকনা লাংথবাদা চুলগী থায়া হল্লে। দরবারমু তৌএ। ২৬নি লৈপাকপোকপগী পুং ১০ দা কমেশোম সাহেপ অরাপোন চৎখিএ। লমতা থাদি লোংমাইজিংদা হল্লে। ৭নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ ককচীংদা লেওখিএ। ৫নি ইমশকৈশদা কাংলৈবুং মরাগী পুখ্রিদা ময়াম হাও ২ ঈশিংদা শিএ। ৮নি লোংমাইজিংদা শ্রীযুৎনা য়োকপা হৈজাও শিএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৪নি থাঙজদা[4] শ্রীগোবিন্দগী

১। তাং ৫। ১১। ১৯১৫ ইং। ২। তাং ১৮। ১১। ১৯১৫ ইং।
৩। তাং ৬। ২। ১৯১৬ ইং। ৪। তাং ১৮। ৩। ১৯১৬ ইং।

মাঙোংপা বাহোব স্বুদাইলাংপম বিধু, থাইদেম মচা নোংযাই ২মামা শেমহুনা হুলিপী ইশৈবু চৈতে লোম্না শকএ। মশিবু থাদি নিংথৌকাবদা হল্লে। ১০নি শগোলসেন্দা[1] বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। কুমকি অহোংবাগী কুম শক ১৮৩৮—১১নি ঈরাইদা শজিবুগী পালোক ওইএ। ২১নি নোংমাইজিংদা বামোন লালহৰি মপুক চল্লুনা শিএ। ২২নি নিংথৌকাবদা[2] লৈকাই ৪দা লাইথিক মাঙ্গে, কোম্বুং থোং ৪মা মী চংহন্দে ম্মা মুহোব কংবা মীদা চংহল্লি। কালেম থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। ৫নি নোংমাইজিংদা[3] কোম্বুংদা মী চংহন্নবা চংহল্লে। অহু হুমিত্তা মোইরাংগী পান শহোংদা লাইম্লিংথৌ থাংগেম্বা হাকথক্লগী থিনবী থলোং ম্মা তেলোং কল্লুনা থোং থিংলযবু লোইনা ভৌথোক্লমা হল্লোকলমএ। ম্মাগী তেলোং মমাম হল্লে হায়হুনা মবুথৌ ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ পণ্ডিং অচৌবা শোথবা পণ্ডিং, লোংজাম্বা মাইবহনবা নাথৈল্লাকপা অশেবা হনবা অসিনা থিনবী থলোং ম্মা তেলোং হাপ্পুনা চাইথোকপা পূম্মা লোইশিন্দুনা থোং থিংএ। ৬নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ, বডসাহেপ ২মা শিলোংদা লেঙথিএ। ১২নি নোংমাইজিংদা কালেনগী সংক্রান্তি হোৌএ। ১৭নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ শিলোংদা ২মক হনজিনথি। ২৪নি শগোল-সেন্দা থাংথৈ কোংযপান্দা লাইথুরাম চাওবা থৌরি থান্দুনা শিএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা নোংয়াই মতুং পুং ৩ তাবদা মুহারাইএ। ইত্তা থাদি শগোলসেন্দা[4] হল্লে। মাইবাথুন্দা হৈস্নাবগী ইংথোল্দা তেরাদা উমাইবী মুহম শাইএ। মচা অচৌবা ১ উমাইবী মচু ১—২মা পোকএ। ১৪নি শগোলসেন্দা ইংঙাগী সংক্রান্তি হোৌএ। ২২নি শগোলসেন্দা শিলোংদগী শ্রীযুৎ থুংলৈএ। ২৩দি ঈরাইদা নেপাল সিফাই ১ শঙেম্বোংগী ঈশিংদা লাইনা লোম্বমা শিএ। ২৫দি নোংমাইজিংদা[5] ফেত্রিঙ্হুম হুজোন কাবমথে শ্রীগোবিন্দগী পে-থল্লোই হায়হুনা শ্রীযুৎনা হুহোন লৌথোকএ। ইঙেন থাদি থাঙজনা হল্লে। ১৭দি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হোৌএ। ২০নি ইমশকৈশদা[6] অযুক পুং ৭ তা তাংবম চহু ইথেমহনগী মচা থাংলোম্ হোৌএ। অহু হুমিত্তা চৈনাপ্পা লাংজা ১ চঙএ। ২১নি শগোলসেন্দা মাইব্যা মেজোবগী মচা ১ ঈশিংদা

১। তাং ১৩।৪।১৯১৬ ইং।　২। তাং ২১।৪।১৯১৬ ইং।

৩। তাং ৭।৫।১৯১৬ ইং।　৪। তাং ১।৬।১৯১৬ ইং।

৫। তাং ২৫।৬।১৯১৬ ইং।　৬। তাং ১১।৭।১৯১৬ ইং।

শিএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা[1] খাগেমপন্নি পিশুম মনিঙদা লৈবা হুইক্রোম অমুবী বিলাৎকী সাহেপতা ওংখিএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা য়োংলাম লখিদা মমাংথেম মচা ১ খৌরি য়াম্নুনা শিএ। খরাম থাদি নিংথৌকাখনা হল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদা ককবা মাওরেম লৈকাইদা মাওরেম মচা মুপী ১ ঈশিংদা শিএ। অদু মুশিঙ্গা থোংজামপাক্তা লৈবা লাংপোকলাকপর মিপা ১ খৌরি য়াম্নুনা শিএ। ৫নি ঈরাইদা সরকারগী মকোন ওইনবা কৈথেল লেৱ্‌মা লাই মিংএ। শ্রীযুৎ মহারাজনচিংমা ব্রাহ্মোন বৈষ্ণব শংগায়বা পূয়মকনু লাই নিংএ। ৭৮নি ইমশকৈশদা উচেকোন খুনৌদা কোংথম মচা মিপা ১ ঈশিংদা শিএ। ১৯নি শগোনসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি ঈরাইদা[2] খাংজম খুমুকচম মথুল ভাবা পুর্ণান্দা পিবাগী ফুজা থারা চাওবা ১ তোলচৌ ১ য়াইমবা ফুংগাগী চাওবা ১, মচা শেখো, নুরাংবা, মচা অতৌবা, ফুলামজাং, তান্‌ঙৌ, মচা অঙাহল, কাঙ্গাই, থঙ্গৌ, মচা থোকুম, কুলাপনিং মাথোয় অসিগী থারাগী মথৈ লোইনা থুং কোকপীএ। শ্রীগোবিন্দজীদা উৎশোব কৎলে। স্না শন ১ লুপা ১ কৎলে। গুরু, পুরিৎ ভন্ডধার লাই কৈরুংবা মবুথৌ মোইরাং নিংথৌ, শৌব্যা পণ্ডিৎ, অমাকচাম্বা পণ্ডিৎ অসি পুম্নমা উৎসোব চাইএ। শ্রীযুৎতা সনা শন ১ লুপা ১ বাখৈএ, চৈরাপ্তা স্না শন ১ লুপা ১ বাখৈএ। মাইবা শঙলেন্দা স্না শল ১ লুপা ১ বাখৈএ। অদু মুশিঙ্গ শ্রীগোবিন্দজীগী মাঙোঙ্গা ব্রহ্ম সভামে শ্রীযুৎনে বাওনা নোংমাইথেম্বা পুথ্রমবগী মচা নিপানা শালিগ্রাম চক্র লাৎপনু ব্যবস্থাকারি আচার্য্য গুরু অসিমচিংবা সভামা য়ামে হায়এ। পুরিৎ ভন্ডধারমচিংবা থমনা য়াই হায়। শ্রীযুৎনা অহুগী মতুংইন্না লাৎপা য়াবদা লোইখিএ। নোংমাইথেম্বনা বাখৈএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা ইরম সিফাইদা আমোম মচা মুপী ১ ঈশিংদা শিএ। ২৬নি শগোমসেন্দা শ্রী যুৎমে মচা ইবুংঙো ২মে শিলোংদা লেঙখিএ। লাংবম থাদি লৈপাকপোকপমা হল্লে। ৯নি ইমশকৈশদা অমৌবম বামোন মচা ১ শ্রীগোবিন্দজীগী দলান শবিক য়ানকমদা কাকথদা ঙম্বকুনা শিএ। ১৯নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ সদিয়াদগী খুংলৈএ। মচা ইবুংঙোন্নু মচা ইথেম্মনু থুংলৈএ। ২০নি থাঙজদা লাইরেম কাবিদা অহৈবম ১ লৈশাংথেম ১ দু থুবগী য়েনজা অহৈমন মচানু শিহুনা পুথৎলকএ। ২১নি নোংমাইজিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মের্রা থাদি শগোমসেম্মা হল্লে। কৈরাওদা

১। তাং ২৫।৭।১৯১৬ ইং। ২। তাং ১৮।৮।১৯১৬ ইং।

পুরনবা মচা নিপা ১ ঈশিংদা শিএ। ৩নি থাঙজদা[1] শঙা থাবা কবা পুলিস শিকাই ১০০ থুংলে। ঈশিং মায়া চাওএ। থাংথে হ্রকতকী ঈশিংবু থুনিং ১ কেমে। ১১নি থাঙজদা লৈকাই ৪মা লৌবাই ইম্ফাল পুম্মা মুব থুমএ। ফুরেল অচৌবা, ইবিম ফুরেন কাই। ১২নি লংমাইজিংদা কোমুং থুমএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা কোমুংদগী শ্রীগোবিন্দজচিংবা লাই অয়াবা শ্রীযুৎ মহারাজচিংবা য়োইবু য়োইটৈহ অয়াঙা মহাবলি মনিং লাইহূল তাংবমগী মুখদা লেপথে। মুমকৈ মায়া তেকএ। মী, শগোল, শন, শা-ঙা মায়া শিএ। ১৪নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ বর সাহেবকা লৈকাই ৪মা লেপহ্না চামমা লৈতবা মীবা চেং য়েনবিএ। লাংজিংগী কৌমেং লৈমগী থাপনম্ফু তুইএ। লাকোমদু তজনা থোংএ। নোংমাইজিংদু থিথেএ। কৌ চাইদা লাকএ। ১৯নি নোংমাইজিংদা[2] তাংবম চন্দ্র ইবেন্মা চঙা মচা ইবেন্মা পোকএ। ২২নি ইমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙৈ থাদি ঈরাইদা হয়ে। ৩নি নোংমাইজিংদা[3] য়াইহূল তাংবমগী মুখদগী শ্রীগোবিন্দজচিংবা লাই অয়াবা শ্রীযুৎ মহারাজ মমাশিজনচিংবা য়োইবু য়োইটৈহ পুম্মা কোমুংদা হোজংলে। ৫নি লৈপাকপোকপদা কোমেংবা কুঞ্জো নাদোঙগী চেকথিবু দাকগাদা কাবদা কুলোয়া থাংদা য়ালে, কাহ্না থামাদা পুথংলকলে। ২০নি লৈপাক-পোকপদা[4] শ্রীযুৎ স্না য়াথং চৌকিদার পুম্মা, লৌবাই ইম্ফাল পুম্মা মুম ১গা মী ১গা কৌথংলে। শ্রীযুৎ স্না য়াথং মনিপুর লৈপাক অসি সরকারমা মচাগী মতমগুম্মা য়োকপিরে হৌজিক্তি সরকারগী অবাবা ভারে। মমম অসিবা সিকাই থনগে হায়বা, লাল চংকে হায়বা কমা কমানো তসি ৫নি অসিদা লাকও, মাহ্নগী মতিকচাবা লুপাম্ভ লৌম্ব পিগনি হায়। ২১নি শগোনসেন্দা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়হ্ থাদি নোংমাইজিংদা হয়ে। অহ্ মুমিজা তাংবম চন্দ্র ইবেন্মচা পোকপা স্না জোম্বী শিএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা[5] পুলিস সিকাই ২২৮ পজাবতা লানতমবা চংথিএ। ২২নি থাঙজদা পোয়হ্গী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎকা ইবেম্মশিংগা শ্রীবৃন্দাবনদা লেপথিএ। য়াকচিং থাদি নিংথৌকাবদা হয়ে। ২১নি নোংমাইজিংদা য়াকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি নিংথৌকাবদা[6] মঙোল কৈথেম মনিংদা

১। তাং ৩০।৯।১৯১৬ ইং। ২। তাং ১৫।১০।১৯১৬ ইং।
৩। তাং ২৯।১০।১৯১৬ ইং। ৪। তাং ১৪।১১।১৯১৬ ইং।
৫। তাং ১১।১২।১৯১৬ ইং। ৬। তাং ১৫।১।১৯১৭ ইং।

থাংজম মচা ১না আখির চাকথাকী পৈশা ২ থাইকদা হুয়ানমচা রোতোমসিংনা পিথোই হায়রগনা মখুত্তা থানো য়ায়থংডুনা থাংজম মচা থোকুল পিএ। অশোকপাহুং য়েনাংথম মচা ১মা কোমথংলুবদা অহুমুম লোনজা থাংখাৎ যাকথংলে। রোতোনসিং হুয়ানমচাহু কাহনা পুখংলকএ। ২২মি লৈপাক-পোকপদা থোম সাহেপ মিলিশিয়া চংথিএ। কাইরেম থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। ৯নি ইমশকৈশদা[1] অহাং থিবোঙ্গলোমদগী কোরিগী ভিলগ্রাম য়োংলি জিলকপা ঙা কোয়ং য়োমকএ। ১০মি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎকা ইবেম্মশিংগা শ্রীবৃন্দাবন চংলুবা য়ুঃলৈএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা মনিপুরগী পুলিস সিকাই ৫৬ অহাংনম চংথিএ। ২১ লৈপাকপোকপদা কাইরেনগী সংক্রান্তি তৌএ। ২৩মি শগোনসেন্দা[2] থাংমাজগী য়েন্নেখা শাজৌ থৌমি থাম্বুমা শিএ। মীরৈথাক মন জুবাসিং পিএ। লমতা থাদি শগোনসেন্দা হল্লে।· ৪নি নোংমাইজিংদা থাংথৈ পুরিদা হিয়াং তাবৈএ। ৯নি ঈরাইদা[3] লৈপাকী অত্তমা সাহেব থাবুশিং পুন্নমা লৈপাক পুন্নমা হাও মরাং থাক্কনা দরবার তৌএ। শ্রীযুৎ ঙা য়াথং লৈপাক পুন্নবত্তা হায় থায়মদি সরকারগী মপান্দগী মনিপুর লৈপাক পুন্নমা হুংঙাইহল্লে। হজিক্কি সরকারগী খরাব থংলে। অহুমা চৌকিদার ১দা দুপা ৩ পিহু সিকাই ১৫০ তমবা লাল পাংশি হায়না তাক-পিখি। ১৩নি ইমশকৈশদা থাংথৈ লৈকাইদা লৌরেথম মচা দুপী ১ নিপা ১ ঈশিংদা শিএ। ১৫নি শগোনসেন্দা থাংথোনবী মখাদা মরেংথম মচ মিপা ১ ঈশিংদা শিএ। ২১নি থুমশকৈশদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থাদি থাওজনা হল্লে। অহু হুমিত্তা তাংখম থাইকুল লাকপা মকু ইবুংগো শিএ। ৬নি থুমশকৈশদা[4] শ্রীযুৎমা লৈপাকী দশা কোকবা হায়হনা শ্রীগোবিন্দজীগী মাঙ্গেংগা অয়ম ১০৮মা শ্রীভাগবত থায়স খণ্ড লোইনা থিএ। ২১নি ঈরাইদা[5] বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। হাওবিজয় চাওবগী কুম শক১৮৩৯— ২২মি থাঙজদা শজিবুগী পালোক ওইএ। ২৯নি ঈরাইদা পুলিস সিকাই ৫০ লেশাদাউদা লাম চংথিএ। কালেন থাদি থোংমাইজিংদা হল্লে। ৮১নি থুমশকৈশদা তাংখুল ৫০০ থোংজাই ৫০০ সাহেবকী লাম চংথিএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি ওই। ২৭নি ঈরাঙ্গা থোংজাইদা .

১। তাং ৩১।১।১৯১৭ ইং।
২। তাং ১৫।২।১৯১৭ ইং।
৩। তাং ২০।৩।১৯১৭ ইং।
৪। তাং ২৮।৩।১৯১৭ ইং।
৫। তাং ১৩।৪।১৯১৭ ইং।

ভাংথ্রদনা ১০০০ লান চংখিএ। অহু কুমিং ঘোংডানগদবা পুং ৩ বাংলিকৈদা মুহাম্মাইং। ইডা থা লৈপাকপোকপনা য়রে। অহু কুমিং অতোম থুমদা লৈবা ইকংবা কুলাযজাংপু নিংথৌজম থাওজরগী মজাও লৈকোয়া পুলিস সিকাই কাবদা নিংথৌজাম্বা থাওজবগী মনাওবু ইকংবা কুলামজাংবা থাং থুকনা য়ান্দুনা পিএ। মপোয় ২মা পুথংলকএ। বিচার তৌবদা শ্রীযুংকী পোই য়াওদনা শেন পান্দুনা কাবনি হায়না লোইখিএ। অহাংপন্না গুলাম-জাংতি লোম কোকমবা চহি ২ কালোক থমএ। ৭মি নিংথৌকাবদা কোমবর লাহেপ চণ্ডখিএ। ১ শিল্পএ। ২৬মি ঈশ্রইদা ইঙাগী সংক্রান্তি ওই। ২৭মি থাওজদা তোমুং ময়ুংস্থ, পন্ডোম ময়ুংস্থ লাই খোকই হায়দুনা মী পুয়মক চণ্ডনদে। অকা অকুম থিংএ। ঢিকা ওয়া থাইএ। ইতেন থা যুমশকৈশনা হয়ে। ১৪নি যুমশকৈশদা থা শামা বংএ। ২৮নি লৈপাক-পোকপদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হোঁএ। থবান থাদি ঈরাইদা হয়ে। ৪নি নিংথৌ-কাবদা অবাং পুনৌদা পুগ্রনবম মচা মিপা ১ ঈযোইদগী তাহুনা পিএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা শাযান্দা থিলোম মচা কুপী ১ ঈশিংদা পিএ। ২০নি ঈরাইদা মবুথৌ ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী য়ুমদা থাবা য়ুগোল পুথদুনা লাংলি। থাপি নোং ঈরাইদা মলথাস ওই। থবান থাদি থাওজদা হয়ে। ৪নি য়ুমশকৈশদা অনৌ অতান শিন্নবা মতমদা মবুথৌ ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ পণ্ডিং অচৌবা পিএ। আমাকচাম্বা অতোমপিশকপু পণ্ডিং অচৌবা হায়ে। ৫নি শগোনসেন্দা নিংতোম খোংজাও মথাদা অসেম মচা ১ ঈশিংদা পিএ। অহু কুমিডা কুইক্রোম লৈরক্তা মোইরাংথেম মচা ১ ঈশিংদা পিএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা মবুথৌগী শোয়াংডা মবুথৌ ইবুংঙো মা থাংগোকপদা জয়পত্র পীএ। চোংথাম চাওবু পালাহনগী ইশৈনম্ম হাপএ। থুংলেমচা য়েথোবু লাইকম-লাকপা হাপএ। থামেন চংপা কৈজোম পীএ। ২৮মি ঈরাইদা লাংথবান্দগী ঊ লাইওইবা কংদুনা তন্ন, কুমজিল্লে। লাংবন থাদি নিংথৌকাবদা হয়ে। ২নি লৈপাকপোকপদা লাংবনগী সংক্রান্তি হোঁএ। ৫নি ঈরাইদা অবাং অমদুগী খোয় সাহেব থুংলৈএ। অহু কুমিডা কোংজেংখম লৈবাইদা চিংগুংবম মুক্তাগী য়ুম তদাংহা উদা লাইথরোই পালে হায়দুনা মীয়াম য়েংলৈ। মপানম্ম শাইএ। ১১নি যুমশকৈশদা খুমদবা অঙাংজাওবু পুত্তিং হাপএ। য়েন্না থা যুমশকৈশনা হয়ে। নিনি শগোনসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি হোঁএ। ১০নি ঈরাইদা শাংপম অয়ুমচাবু য়েৎনান হাপএ। খোয়মজাম চাওবু শংকু

খঙলাকপা হাপএ। ১৬নি য়ুমশকৈশনা মযুথো ইবুংহো মোইরাং ক্ষিংথৌগী কুম পুশিনবা মমাশিঙ ইবেম্মা মোইরাং চৈমা ২না শ্রীবৃন্দাবন্দা লেঙখিএ। ১৯নি থাঙজমা শ্রীযুৎমে মমাও ইবেমহলনে শ্রীবৃন্দাবন্দা লেঙখিএ। ২৩নি থাঙজদা মাইখিবী মুপা ১না শমপোৎ কারকপদা মচু লৈতে হায়দুনা মচুনা লাকপদা মপুঙ্গা থোংপাকমা কাওবদা মপুঙ্গী মচা চোংথোকুনা মমামচা শিএ। মরাদি কাদোঙ্গা থমএ। চ্ছিয়াচৈ থাদি শগোনসেন্না হল্লে। ৩নি থাঙজদা চ্ছিয়াচৈগী স ক্রান্তি হৌএ। ১৬নি শগোনসেন্না পুলিসকী অভৌ জমান্দারমচিনা সিকাই ৫৬ চংখিএ। ২৩নি শগোনসেনগী অচিংদা মিচ্রি খানাদগী খোংচৈ ৩ ছুখিএ। ২৪নি থাঙজদা মাচংবা মভুং পুং ৩ দা যুরাবাইএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা ছুমিদাংবাইদা যুহাবাইএ। ২৯নি শগোনসেন্না মিয়ুথো দা থৌবান মোইতিংদা লৈবা পাঙম অমা মতোম্মগী খোংচৈনা পান্দুনা শিএ। পোয়ন্থু থাদি থাঙজনা হল্লে। ২নি নোংমাইজিংদা পারম্ভী সংক্রান্তি হৌএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা শৌবাইজমচা মেম্বর শিএ। ৯নি থাঙজদা মখায়মগী হাওনা কুমখি থুগাই চায়দুনা সাহেপ ৭ সিকাই ২০০ কী লান চংখিএ। ১৪নি শগোনসেন্না লমাংদোং লাইমতোন্দা খেংজাই ১ পুলিস সিকাই ৪না কাদুনা পুরকএ। ১৫নি ঈরাইদা শ্রীযুৎস্থ মরাদুং অহনম মমাশিঙম্থ শ্রীবৃন্দাবনগী থুংলৈএ। অদু যুমিত্তা থা শানা কংএ। পাক্তিনা হায়া হায়হৌদে হায়দুনা ঈশিং তিংএ। ১৮নি মিংথৌকাবদা কোম্নুংগী নোংপোক্তা অখেনখোং চিখোকনবা লৈপম তৌএ। ২২নি ঈরাইদা থোকচাও শেখোরসিংবু হাওনা কারুমগী চেয়দুনা কোম্নুংদা থুংলৈএ। ২৭নি শগোনসেন্না ঈথা হাওথুম চৈ থারমমথা লাকপা সাহেপ ৪ সিকাই ১০০ থুংলৈএ। হাওগী মীচং কুমখি ৯ কারকএ। বাকচিং থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ২নি মিংথৌকাবদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি নোংমাইজিংদা ভেংনৌখম থানা কবা দারুণা মতু মচাপা লোয়নবা থোংজাই হাওবা হাৎখিয়ে। ৯নি মিংথৌকাবদা সরকারগী সিকাই ১০০ খাৎচৈ ৮০০ মখায়ম হাও মাথা চংলে। অদু যুমিত্তা শ্রীগোবর্দ্ধনগী শল অঙৌবী ৬ পুরকপা থুংলৈ। ১৫নি থাঙজদা খোকচাও থাখনবু লেরাম হাপএ। কাইরেন থা লৈপাকপোকপদা হল্লে। ২নি য়ুমশকৈশদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৪নি ঈরাইদা শ্রীচূড়াচান্দ মহারাজনা লাংথবান কাকিপুর চিংদোন্দা দলাব জগমুহোন শাই। কুম তৌএ। মরাইদা শিব থমএ। অসি পুরমক থাবা

মোমোন্দা কংদি। পালা ৫ শকুনা হোংএ। অহিং অদু বিরাটপর্ব্ব শাদৈ। ১১নি শগোলসেন্না শ্রীযুৎ গুপ্ত, যম লেঙখিএ। থাজম্ব মোইবাংদু হৌএ। ২৪নি শগোলসেন্না থুংলৈএ। ২৭নি মোংমাইতিজিংদা শ্রীযুৎকে ময়াও ইবেমহলদে শিলোংদা লেঙখিএ। লমতা থাদি মুমশকৈশনা চঙে। ৩নি ঈরাইদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি ফিংথৌকাবদা শিলোংদগী শ্রীযুৎকা ইবেমহলগা থুংলৈএ। ২৪নি ঈগাইদা হৈস্নাম ধর্ম্মসিংবু অঙ্গলুপ পালা সেবান হাপএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা মোইরাং লমদগী খোংতাই ৫ কারক্তুনা কাদোকতা পীশিল্লে। থাশি মোং শগোলসেন্না অবাংলমদগী কমেশোম সাহেব থুংলৈএ। শজিবু থাদি ঈরাইদা চঙে। ২নি থাঙজদা[1] বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। মাইথোং রূপচন্দ্রগী কুম শক ১৮৪০—৩নি মোংমাইতিংদা শজিবুগী পালোক ওই। ৬নি লৈপাকপোকপদা কমেশোন সাহেব চঙখিএ। ১৪নি শগোলসেন্না[2] মাইথোংদা লৈবা গুরুমযুম বামন মচুগা মচানুপী :শা মথোয় ওঝা হাঙদা হাংশিএ। ১৬নি থাঙজদা উরিপোকপা লৈবা নিঙ্ডোম্বম চাংবা ছাপাখানাগী মোলাংদগী তাত্নুনা শিএ। ১৩নি থাঙজদা[3] ময়াংগী হাও তোমথেন থুনা খোংজাইনা চাককং থৌরবদা তোমথেন হাঙদা খোংজাই ৫ হাংহৌএ। অমুক হন্নকপা তোনশেন চৈ থাইএ। মীদু হাংখিএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা[4] লমাংদোং মথকী তাবিযাম চাও ৫ হাংখিএ। থুমদু চৈ থাইএ। অদু হুমিত্তা লাকোক থুনথাইবা থুগাই। কালেন থা নোংমাইজিংনা হয়ে। ৪নি লৈপাকপোকপদ[5] শাহু চিক হাও ১ খোংজাইনা হাংখিএ। ৫নি মুমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি থাঙজদা শাহু চিক হাংপা খোংজাই কারকএ। ১৯নি নিংথৌকাবদ[6] ইরোইশেম্বদা মরাং ১ ঊশিংদা শিএ। অদু হুমিত্তা খোংজাইনা থাবং কোইরেং থুগাইএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা খোংতা থুম থুগাইএ। শাহু চাও ৩ হাংখিএ। অদু হুমিত্তা রাজবা মচুং পুং ৫ তাবদা শঙাইশেন পাইএ। ১২নি মুমশকৈশদা[7] শ্রীযুৎ মহারাজনা মাক্সলংদা লান তাকপা চংলে। ১৭নি শগোলসেন্না কুরেম্না তাওথরকপা লৈশাবী ১ শিলোংদা ওকএ। ১৫নি থাঙজদা মাক্সলংদগী শ্রীযুৎ থুংলৈএ।

১। তাং ১৩। ৪। ১৯১৮ ইং।
২। তাং ২৫। ৪। ১৯১৮ ইং।
৩। তাং ৪। ৫। ১৯১৮ ইং।
৪। তাং ৬। ৫। ১৯১৮ ইং।
৫। তাং ১৪। ৫। ১৯১৮ ইং।
৬। তাং ২০। ৫। ১৯১৮ ইং।
৭। তাং ২২। ৫। ১৯১৮ ইং।

১৬নি নোংমাইজিংদা বাংথৈ লৈকাইদা খোকচোম মচা নিপা ১ ঊশিংদা শিএ। অহু মুমিত্তা লেংবা খুন হাওখুন খোংতাইনা মুগাইএ। মী ২৭ থিবা থংলে। ইতা খা নোংমাইজিংনা হল্লে। অহু মুমিত্তা খোংজাইদা খারম পরলম থুগাইএ। নিপা মুপী ১৩ যাংখিএ। শ্রীযুৎ লেংএ। ২নি মিংথৌকাবদা কনকএ। ৭নি থাঙজদা ইতাপী সংক্রান্তি চৌএ। ৭নি নোংমাইজিংদা শহু কোইরেংগা কাপলৈএ। ৮নি মিংথৌকাবদা খোংজাই ৫ কারকএ। ১০নি মুমশকৈশদা মাখনকোজিলদা চেংখাম মচা ১মু অতাওবনা থাংনা মালি হায়দুনা পুখৎলকএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজনা নাকৈরাকপা অমুখোম্বা হজবনু পণ্ডিৎ হাপএ। ১৭নি ইমশকৈশদা মালদা চৎলুবা অহাংলমনপী ফাও ২০০০ হাওরমু ৫০ থুইলেএ। ১৯নি ঊরাইদা ইরেংবম লৌরাইদা লৈবা খিংবাইজম মচা ১ হাওনা হাংখিএ। ১না থাংনা মামথএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা বাংথৈ লৈকাইদা কোনসমমচা মুপী ১ ঊশিংদা শিএ। থাশি নোং মিংথৌকাবদা মুহারাইএ। শ্রীগোবিন্দজী লেঙথোকএ। ইতেন খা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৩নি শগোনসেন্না শঙগাই মহুংদা কাকথৈ ১ চঙএ। ৯নি ইমশকৈশদা ইতেনগী সংক্রান্তি চৌএ। ২১নি নোংমাইজিংদা ময়াংলমু জজ্ঞ অমাম্মাবনচিংনা পুলিস সিকাই ৫০ জালজা চংখিএ। ২৪নি শগোনসেন্না মাইখম চাওবগী মুম ইরম সিকাইদা পাংচহনবা তোমানজা ইরোম শামু মাইমা, থৌদাম অতোমাইমা, থাইবেম থৌদোন, কাংবেম তোমাল অসিনচিংবা মী ১৫না মুমগু চাওববু কাংলে হায়দুনা পুখৎলকএ। থবান থা ইমশকৈশনা হল্লে। অহু মুমিত্তা শ্রীযুৎকী ইবেম্মা চোংথাম চমু শিএ। ৩নি ঊরাইদা চিংতাখম সানাওবা খোংজাই চাওহনবা কারকএ। ★ ৭নি ইমশকৈশদা খা কোমুংদা শ্রীযুৎ মহারাজনা লৈপাক পুমমা কৌথৎতুনা দরবার তৌএ। লৈপাক মখোয় হাংবারগী কস্বী শেমবা মী ৪০০০ পিও হায়দোকএ। মী ১না লুপা ১৫ খোইরুথনবা কিদা ১ শিগনি হায়এ। ৯নি ঊরাইদা বাংথৈ লৈকাইদা থাজবাং তৌবদা লেপথুমা লুবা মতমদা লাইগী মপোৎ মচৈ অতবা লুপাগী কোমাই ২

★ A Manipuri named Chingakhamba Senachauba Singh, who professes to have supernatural powers and who lived with some disciples at Kumbi near Moirang, took a prominent part in instigating the Kukis in the hills near Moirang to break into open rebellion. He is said to have been present in December 1917 at

১৪নি ইঙ্গেনকৈশনা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি ঈরাইদা শ্রীযুৎকা ইবেম্মচেনগা পোৎশংবক লৌরাইদা লেংএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা[1] থুংলেএ। অছু হুমিত্তা মোইরাংলমগী উথা খোংজাই ৪ কারকএ। কাইরেম থা থাওজনা হল্লে। অছু হুমিত্তা রাংখৈ লৈবাই পুথি মপান্দা শরেং খোরকুনা কাইখি শ্রীযুৎতা কৎলে। ৬নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎকা ময়াঙ্গু সেনাপতিগা ২মনচিংদা গাখোৎ কাংলৈ শান্নে। ১৪নি শগোনসেন্দা[2] কাইরেমগী সংক্রান্তি হৌএ। অছু হুমিত্তা কবো লমদগী খোংজাই মুংডাক নিংথৌ কারকএ। ১৫নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মখোম লম লেংএ। ১৬নি থাওজদা লেংখৎলকএ। ২২নি থাওজদা লাই খোকএ হায়দুনা কোম্বুং অকা অকুম থিংএ। ২৮নি ঈরাইদা[3] ময়াঙ্গুং ইবুংঙো মচাগী মতু চিংগাংবম চন্দ্র লাই খোকুনা শিএ। অছু হুমিত্তা মথারমগী লান লোইরে হায়দুনা সাহেপ ১গা সিফাই ৬০০গা চংলকএ। খোংজাই ১০০ কারকএ। লমচং থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৮নি লমাইজিংদা কোম্বুং খোংথিংবা থাই। ১৫নি ঈরাইদা[4] মোইরাংদগী শ্রীযুৎ থুংলৈ। অছু হুমিত্তা কুলাপ শুবিদারনাচিংনা লেনসদাউলগী সিফাই ১১০ থুংলৈ। অছু হুমিত্তা চশাংতগী খোংজাই ধরা কারকএ। ১৪নি থাওজদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি থাওজদা[5] শ্রীযুৎকা কমেশোন সাহেপকা দরবার তৌএ। লৈপাকী অশুপা মংদবা ইশ্বোকএ। শজিবু থা লৈপাকপোকপদা হল্লে। সরকার সিফাইগী বেপারিনা কবোরাকচিংদা শম চানবা চক নিকবদা পিদে হায়দুনা সিফাইদা তাকউবদা সিফাইনা চক পিদবা মীবু নোংমৈনা কাপথুই। নিপা ২ শিএ। ৪নি ঈরাইদা শ্রীযুৎকা সাহেপকা কুমহুনা য়েংবদা লাংমৈনা পামবা অছু পুথ্রবম মচা ১ বারেপ্পম মচা ১ ওইরমএ। অশিবা ২মদা লুপা ৩০০ পীএ। ৫নি নোংমাইজিংদা মচা ইবুংঙো অহম লাই খোকএ। কোম্বুং থিংএ। ১৩নি নোংমাইজিংদা থাদোকএ। অছু হুমিত্তা বিশু সংক্রান্তি ওই। কবচিং অতোনবাউগী কুম শক ১৮৪১—১৪নি নিংথৌকাবদা শজিবুগী পালোক ওই। ১৬নি ইঙ্গেনকৈশদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা লেংএ। ১৮নি ঈরাইদা খোংজাই তোমলোপ লুপা ৩০০ পুবা ১ তাংবম থাদিলনা হাংলে। লুপা মুল্লে হায়দুনা কাজিল্লে। ২৭নি নোংমাইজিংদা লাইময়ুমগী ব্যবস্থাকারী শিএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা বামোন কমপুবা লৈবা য়ুমাম নিংতোল চাওবীদা তারিরান

১। তাং ২৩। ১। ১৯১৯ ইং।
২। তাং ১৩। ২। ১৯১৯ ইং।
৩। তাং ২৮। ২। ১৯১৯ ইং।
৪। তাং ১৩। ৩। ১৯১৯ ইং।
৫। তাং ২২। ৩। ১৯১৯ ইং।

চৌন্দা লেম' থাহনবা শিএ। কালেন থাদি শগোলসেন্না হল্লে। অহু হুমিত্তা হাওরাম তৌহনবা চিংথাম চাওবগা খোংজাই মিংথৌ ১৫গা শিলোংদা বিচার তৌপনি হায়হন্না পুশিনখি। ১০নি ঈরাইদা ভর্মন লাম চৎলুবা বিলাংকী সাহেপনচিংবা সিকাই ২৫০ থুংলৈ। চিংমৈরোংবগী হৌদা থগাইগা লোয়নবা শিকাই তন লেওহনা হকএ। মখোংদা ইথৈ শকএ। খোং মহুং চত্লগা শ্রীযুৎ মহারাজনচিংবা মা কোম্বুংদা লৈরম্বা সিকাইগা মলামী তৌহনা শ্রীযুৎ মহারাজ থুরুমএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা নোং চুদে হায়হনা শ্রীগোবিন্দজীগী মমাংদা শনবি ১০৮ থলোম তমএ। ১৫নি শগোলসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৯নি ইমশকৈশদা কোম্বুং খিংএ। থাশি নোং শগোলসেন্দা থুলেম লাইকম লাকপা মংলাকহনা শিএ। ইঙা থাদি ঈরাইনা হল্লে। ৩নি মোংমাইজিংদা নোং চুদে হায়হনা মাইবা পণ্ডিৎ ভবাশিংগা নোংলবুগা হুংখোং হুংলাওবী অরোম্বুং থম্বা য়াংদৈ লাংলি। ৮নি নোং চুইএ। ৮নি ঈরাইদা মচা ইবুঙো জুবরাজ খিলোং চৎলুবা থুংলৈ। ১৮নি নিংথৌকাবদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থা থাঙজনা হল্লে। ১৯নি শগোলসেন্দা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি ঈরাইদা শ্রীগোবিন্দজীগী মাঙোপ্তা সভাপর্ব শাৱৈ। থৱান থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ৩নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজনা ইথৈ হন্দুনা মমাঙৈদা তৌদবা মৈতৈলোম্না শ্রীগোবিন্দজী মমাঙদা গৌরলীলা শাৱৈ। ১৩নি থাঙজদ মনিম শিলোংদা লাইরিক তম্বা চৎখি। ১৭নি ইমশকৈশদা মা-ভাপ শয়াদ শললাবা অমুবা ১গা হায়েং লাবা ১গা বাইনবু হায়েংদা ওমহনা অরোংলম ওানখিএ। ১৮নি শগোলসেন্দা মথাশিংগী শওগাইদা য়োং ১ চঙএ লোই থা খ। ২২নি নিংথৌকাবদা থৱানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৬নি শগোলসেন্দা কোম্বুং খিংবা থাবোকএ। লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২৪নি শগোলসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থাদি শগোলসেন্না হল্লে। ১৯নি নিংথৌকাবদা চন্দ্রখোংদা লখিকৈখেল হোংএ। ২১নি ইমশকৈশদা জর্দেন সাহেপ থুংলৈ। ২৩নি শগোলসেন্দা দরবার তৌএ। ২৫নি থাঙজদ মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি ঈরাইনা হল্লে। ১৫নি ঈরাইদা নোংতালমদাইদা থা শাবা কংএ। উমদা তাখিএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়নু থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। ২৬নি ইমশকৈশদা পোয়নুগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিত্তা কলিকতাগী পণ্ডিৎনা ভারতবর্ষ অসি হুমিং ৩নি করিওম্বা ৯ তৌগদি হাই। মনিপুরগী

পণ্ডিংনা তৌরোই হায়এ' তৌখিদে। ২১নি লোংমাইজিংদা মহারাজ খৌবাল লম লেঙএ। রাকচিং থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৪নি ঈরাইদা খৌবান কৈথেল লোংএ। ১২নি থাঙজদা মাহাক্রপ কমপুদা য়েলাংবমগী ইমু'দা লাইথ্রবা মোমজেনা মাইব শাবদা য়েলাংবা তোমবদা য়োংবোকনা থাহনা হাংলে। য়েলাংবা তোমবগী মতুঙ্ খুইএ' শিদে। ১৭নি থুমশকৈশদা লাইজম নিপা ১ ঈশিংদা শিএ। কাইরেম থা শগোনসেন্না হল্লে। অহ্ থুমিত্তা বাংজিংদা কাংথৈ শাবদা হৈরোক ১ শিএ। ৬নি লৈপাকপোকপদা থুমিদাং শ্রীযুৎ লেঙথোক্লুনা মৈথৈলোয়া যামজিদা শাত্লে। ২৪নি ঈরাইদা কাইবেনগী সংক্রান্তি হোৎএ। ২৯নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজ মমাশিজ মনাও ইবেম-হনচিংনা শ্রীবৃন্দাবনদা লেঙখিএ। লমতা থা ঈরাইনা হল্লে। ২৬নি লৈপাক-পোকপদা মকুমৌ ইবুংঙো থাংগোকপা ইথৈহনবা শিএ। শজিবু থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ২৪নি লৈপাকপোকপদা বিশু সংক্রান্তি ৎই। চাইরেম ভাইবোংগী কুম শক ১৮৪২—২৫নি ইমশকৈশদা শজিবুগী পালোক ওই। কালেন থা নিংথৌকাবমা হল্লে। চিংঙা মখা খোংদে। পাজনবা হযাওবদা অহৈবম খোঙাম নাহাক্রপ ইনবগা খোঙামগা তিন্দুনা লাই'বম্মা পুম্বনা খোঙামগা তিন্দুনা হাওহৌএ। অহৈবম খোঙাম নাহাক্রপ ইনবা পঞ্চমী কু পামা ঐখোয় তোপনা হবাওজগে হায়না লাই থাইথবে। ১৭নি ইমশকৈশদা খামু চন্দ্রসেন শিএ। ১৯নি ঈরাইদ কমেশোন সাহেব পুংলৈ। ২৭নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি গৌএ। থা শি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মনাও ইবেমহন, মমাশিজ ইবেম্মা অসিনচিংব পুংলৈ। ইঙা থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। ১১নি ঈরাইদা মরাঙ্কু টবুংঙোহন সেনাপতিগী ইংখোল্দা খোমাওজম মচা নিপা ১ খৌরি হান্দুনা শিএ। ২০নি নিংথৌকাবদা খোইরোংদা কৈনা তোইজিকম মচা ১ চাবে হাম্নহনা শ্রীযুৎ লেঙহুনাচনবু কাজে। ২৯নি লৈপাকপোকপদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেম থাদি শগোনসেন্না হল্লে। ৭নি ইমশকৈশদা লোংজাম্বা গোপাল হজবু পণ্ডিং হাপএ। ইঙেন থা ঈরাইনা হল্লে। মলমাস ওইএ। ২নি থাঙজদা ইঙেনগী সংক্রান্তি চৌএ। ৭নি নিংথৌকাবদা উশোইপোকপিদা শ্রীযুৎ লেঙহনা কৈ চল্লে। কাদে· ১০নি নোংমাইজিংদা ইরিনপুংদা শ্রীযুৎ মহারাজ কৈ চনবা লেঙএ। ২৭নি থুমশকৈশদা উশোইপোকপিদা কৈ ১ তথোলহন মচা নিপা ১মা কাৎকএ। থাশি পাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজ বামন কমপুদা কৈ তান্বা লেঙএ। থবান থা নোংমাইজিংনা হল্লে। অহু থুমিত্তা

শ্রীযুৎ মাইরিবোক্তা কৈ লৈরে হায়দুনা লেপ্তখিএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি নোংমাইজিংদা হাওবম মরক্তা লৈবা থাওদেম হাপোমা মতুবু থাংনা য়াম্দুনা থানাদা পুখৎলকএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা চক্রখোংদা কৈ মপী মচা ৪ কাই। ২না হিংএ, ২না শিএ। ২০নি ঈরাইদা কুরাইলাংপম চিত্রসুন্দর বেবষ্টাকারি হাপএ। ২১নি থাঙজদা চক্রখোং নিংতেম্বা শ্রীযুৎ কৈ চনবা লেপ্তএ। তম্না হল্লকএ। ২৯নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজ গুরুদা লেপ্তএ। লাংবন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৫নি ঈরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু মুমিত্তা মুং ১দা লাইখিক ই। মতৈগি থাইজিবা অঙৌসিং গুরু, হঞ্জবা শ্রীল শ্রীযুক্ত মনিপুরেশ্বর মহারাজ চুরাচান্দ সিংহ সি, বি, ই তাং ১।৬ ১৮৪২ ইং ১৭।৯।২০ স্না খোঁগন ভৌবা মোইরাং থাবনসিং কৈকংবা, শরোংথাইবা অঙৌ জমাদার অরেকপা অঙোসিং শেলুংবা, খুমুকচাম্বা তোনম্বা শঙলেন লাকপা, লোংজাম্বা গোপালসিং পণ্ডিৎ, থোঙাম্বা থংৌ হঞ্জবা, লাইশ্রবা গোকুলসিং কৈরুংবা অসি ইহুনা মবুথৌ বাংবরেন্দা করুনা মুংলমএ ঔগৃহ শকলমএ। তম্না লেপ্তখৎলকএ। মেরা থাদি মুমশকৈখমা হল্লে। ৬নি নিংথৌকাবদা বাহেংবম লৈকাইদা লৈথী শেনজম ওংবী থাগোইস্র, থ্রাংরম্বন্দা লৈবী হেমলতা চেংদাইবী, বামোম লৈকাইদা লৈবা অধিকারিমযুম ভা॰ স্না, তেরা কৈথেল্দা লৈবা শঙোইসিং উরিবোক্তা লৈবা অহৈবম চাওবমচা, মাইস্কুলদা লৈবা শৌগ্রাকপম গমধরসিং, উরিপোক ওক্রম লৈকাইদা লৈবা শোরোংথাইবম গুলামজাংসিং, খুরাই লমলোং কৈথেল্দা লৈবা উশম অমুজাও, খুরাইদা লৈবা নাওরোইবা অঙাংমচা হায়রিবা মী ৯ অসি লৈপাক্তা তিরগলো হায়না ইম্বোকএ। মেরা থা ৯নি শগোনসেন্দা মাইরিপোক্তগী চবুংথম লুরাংবা, শাইখুবা অঙৌসিং ২মবু হুলাইনা পুখত্তুমা মেজে'র হাপএ। ১০নি ঈরাইদা কাক জাত্রাদা লাম্বী ভাংশোই থুগাইবগী শ্রীযুৎ মহারাজনা মনা পিবা রাইথ্রা প্রেমানন্দসিং সুবিদার মেজোর নিংথৌকি তাজিন কিরান ৩ স্না থুজি, থামেন চংপা, তখেরম্বম মাঙোলজাওসিং কিরান নানবা পীএ। জর্মনগী লান শোক্লকবা লৈপাকী মাইরোং মাক্রবা লাইশ্রম চুরাসিং সুবিদার মেজোর মেম্বর স্না থুজি থ মেন চংপা লমথাং থুংহুলং কিরান ৬। হুইদ্রোম্বা তোম্বী সুবিদার থামেন চংপা সনা থুজি লমথাং থুংলহং কিরান ৩। খিজোম চুরাসিং জমাদার থামেন চংপা কিরান নানবা। অথোকপা থাবম জমাদার থামেন চংপা কিরান নানবা, নিংথৌজাম্বা গুলাপসিং সুবিদার মেজর থামেন চংপা কিরান ৩,

হাওরানবী শরোংথাইবা অত্তোনসিং জমাদার থামেন চংপা কৈজোম ফিরান নানবা অকাংজাম্বা গুনসিং সুবিদার থামেন চংপা ফিরান নানবা, মৈকাম্বা তোমসিং জমাদার ফিরান নানবা, থোমজেংবা থানিন জমাদার থামেন চংপা ফিরান নানবা, কৈশী মনানা ভথেলম্বম তোম্বা, খোইরাংথেম চাউবী, মাইবম কৈজাউ, লাইশ্রম থম্বৌ মাইমেরাকপম নাহাং মিয়া চাওবা নম্বর অসিদি পর্রিফি[1] থুমবোম নামা[2] ফিরাম নানবা পীএ। ১৫নি সুমশাকৈশদা থা শাদা কুএ অহু হুমিত্তা লমাংদোংগী আদৈত প্রভুগী মাংডিতৈদগী আরতি তৌএ হায়হুনা মোংতায়পা শ্রীযুৎ লেতহুমা শেংদোকএ। ২০নি নিংথৌকাবদা থৌবান্দা লৈবা ক্ষেত্রি চাওবদা কৈরোকা লৈবা হৈক্রুজাম্ববু ইতাও মংগী শগোম মাবো লুপা ৪০ লৌগে রায়মা ম্রাবহুনা লুপা ৪০ পুহুনা চংখিরকয়ে। ২১নি লৈপাকপোকপগী হুমিদাংদা ক্ষেত্রি চাওবনা হৈক্রুজাম্ববু হাংতোকলে। হুমিৎ ৩মি শুরগা থংলক্নুনা পুখংলকএ। হিয়াঙৈ থাদি শগোমসেয়া হুরে। ৩নি থাঙজদা অংথাগী কোম্হৌজাম্বা শাক্তোনা কৈ মচা অচংবা ১ কায়হুনা শ্রীযুৎতা বৎলে। ৬নি লৈপাকপোকপদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিত্তা বলভদ্রগী য়েৎথংবা পাম্বোম চিংথাই, কৈগা তৌএ। ৯মি থাঙজদা লৈপাক পূর্ণমা দরবার তৌএ। শ্রীযুৎকা বোড সাহেপকা খুইরম্বন কৈথেন কাও হাই। মনিপুরগী চুপীনা য়াদে। ১০নি লোংমাইজিংদা লৈপাকী অঙম্নচিংবা নিপামথৈ খুইরম্বন কৈথেন হুমিৎ ৪নি কাই ১৫নি ঈরাইদা ময়াঙ্গুং ইবুংঙো সেনাপতিগী ঈংখোম্দা কৈ লৈরে হায়হুনা শ্রীযুৎ য়াওনা সিকাই পুনা য়েংবু লমহৈ ওইরমএ। হাওনা হাংখিএ। পোবঙ্গ থাদি থাঙজনা হুরে। ৫নি সুমশকৈশদা থোকচোমচা জাথোপসিংবু লৌরুং পুরেন অচৌবা হাপএ। মশেন ইবুংঙো ভাংবমচা জ্ঞাম কিশোর ম্যাইকুল লাকপা হাপএ। ৬নি শগোমসেন্দা পোয়রগী সংক্রান্তি হৌএ। ৭নি ঈরাইদা অমুক যুথক মতুং পুং ৩গী মতুংদা অতৌপাম্বা নিলচন্দ্রমনি ভাংজগম্বা লোইবি চিংলেন লাম্বগা মৈথিংগু লৈমেম নোংজেন শেঙ্গোং মনিকথোম্বা চহু থুনাইলৈমা কেলি মধুরী ভাংজওবীগা ২মা কয়াম

---

১। পর্রিফি—মনাফিনি, মমাংঙৈদা শাকা লামকাগী মনা অকন অথোবা পীবদা লৌ পবি পীনথবদগী লাইমিংথৌ থাগেবগী লনা হাকজগী লৌগী মহত্তা ফি ওইনা পীবা চৌখি, মনিবু পর্রিফি কৌএ।

২। থুমবোম নামা—থুম নামা, থুম মপাক চানা।

লাইরেম্বগী মঙকপমদা চেকথাই। থুঙম পোমখোবএ। ২৮নি ইঙশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজ শিলোংদা লেঙখি। শজিবু থাদি থাঙবা হল্লে। অহ্ন হুমিতা মকু ইবুংগো চিংথাখম নোংখোমবা শিএ ৫নি শগোনসেন্দা খিমুখ সংক্রান্তি ওই। অঙ্গো খেমাসিংগী কুম শক ১৮৭৩ ৬নি শগোনসেন্দা শজিবুগী পালোক ওই। ১০নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ মহারাজ শিলোংদগী থুংলে। ১৫নি ঈঙাইদা শ্রীযুৎ খৌবান্দা কৌ অবৈ-লৈতা য়েংবা লেংএ। ১৬নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা কৌ অবৈ-লৈতা য়েংবা লেংএ। ২১নি শগোনসেন্দা থুংলে। লবাই থুজং থুমিংদা চাক-চানবা লৈক্তে, চম্বা চেক্লে, লুপা পুজগে হাযহুনা শ্রীযুৎত, খর সাহেবতা দরখাস্ত থাই। শ্রীযুৎনা অশোন অমা পুম্মা চেং য়েনবিএ। ২৪নি নোংমাইজিংদ খৌবাক মাইবিরোমদা চাদবনা মী শিরহুনা শ্রীযুৎ মহারাজনা চেং য়েনবা হৌএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা থাজবাতিদা শ্রীযুৎনা অশোন অমা পুম্মক মী ১দা চেং সেম ১। ১ য়েনবা হৌএ। অহ্ন হুমিত্তা সেকমাই অরাংদা ইখোই চট চারহুনা খোঙাম মচা অতোমবা চাংহুনা পুথংলকএ কালেন থাদি নোংমাইজিংদা হল্লে। ৮নি নোংমাইজিংদ কাংলেংগী সংক্রান্তি হৌএ ১৮নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎনে খোর সাহেবনে থিংথাদা থা খংবা লেংএ। ১৯নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ তম্ফ থুংলে ২১নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা লেংএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা ধ দাম চুম্বা অমাম্বারনচিন চিকাই ৫০ লংখংদ লাল চংখিএ। ইতা থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লে ১০নি ইঙশকৈশদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থাদি ইঙশকৈশনা হল্লে ২নি রথযাত্রা হুমিংত খোইদিংজম বাবু মিত্রা শঙলাকপদা খাংমেন চংদা খেতোম শ্রীযুৎনা পিবৈ। ৬নি নিংথৌকাবদা হুমিং যুংবা মতুং পুং ঙদ মহারাজ। অহ্ন হুমিত্তা চাংবমচা মেজোর শ্রীগোবিন্দজিগী মাংদে গুণা হৈশ হনবদগী কোইংহুনা চাদংবকপদা তুহন্দা শিএ। ১৩নি নাংমাইজিংদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি ঈরাইদা বাহেংবমচা পাজি শঙলাকপা শিএ। ২১নি নিংথৌকাবদা মহার পীনা লুপা ২দা কৌ তাই। ২৪নি ঈরাইদা ক'মিয়া হুকান্দামনা কাংলৈবুংদা মী অশোন অনাদা মী ১দা চেং মেকক ১। ১ য়েনবা হৌএ। কৌ শংবাই ১দা লুপা ৪ মথাই য়ৌএ। অহ্ন হুমিত্তা শ্রীযুৎনা লবাই থুদিং কুমহুনা অশোন অনা পুম্মক্তা চেং য়েল্লে। থবান থাদি শগোনসেন্না হল্লে। ৮নি শগোনসেন্দা কানিম্বা হুকান্দার চেং য়েনবা তোকএ। ১৪নি ইঙশকৈশদা থবানগী

সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থাদি থাঙজনা হল্লে ১১নি নিংথৌকাবদা কৌ শংবাই ১মা লুপা ৬ মথাক যৌএ। ১২নি ইমশৈবশদা মর্গেন সাহেপ থুংলৈ। ১৪নি ঈরাইদা কোংবা অপান লাইশ্রম লৈকাইদা লাইশ্রম যৌ ১ হৈমজোম হেকপদা তাহুনা পিএ। ১৫নি থাঙজদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু ছমিত্তা লিপোং মথাদা ছি লাৎবদা ইরাঙ্গু মী ৯ শিএ। ঈপিং রাম্বা তাওএ। জৌনখান রাম্বা কাই, লৌ রাম্বা পিএ। ২৮নি শগোলসেন্দা খুরাইমখন থোং মখোংদা মরাং ১ ভরপোম জৌএ। লাইমা জৌএ মেরা থাদি মোংমাইজিংনা হল্লে। ৩নি লৈপাকপোকপদা ঙ্মজাও লাইরেম্মাগী মুখ কা ৯গুবা শংথাই। ১০নি লৈপাকপোকপদা অরেকপম মচা অকো কেয়ানী লেম্বুংবদা শ্রীযুৎনা থানেনচংপ। মা খুজি লমথাং খুংলং অহৌবা পীএ। ১৫নি মোংমাইজিংদা মোংতারমদাইদা থা শামা কংএ। উমজুমা তাথিএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা শেগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াংকৈ থাদি নিংথৌবাদনা হল্লে। ১৭নি শগোলসেন্দা হিয়াংকৈগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু ছমিত্তা শ্রীযুৎ ককচিংদা লেঙথিএ। ২৫নি শগোলসেন্দ শ্রীযুৎ লেঙথংলবএ। পোইন্তু থাদি ইমশৈশনা হল্লে। ১৬নি ঈরাইদা পোইন্তুগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি থাঙজদা শ্রীযুৎ কলিকাতাদা জগোই রাস শামবা পুন্নমা লেঙথিএ। থাকচিং থাদি ইমশৈশনা হল্লে ২নি থাঙজদা শ্রীযু পুংকৈএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা গুডোলাক সাহেব থুংলৈএ। ১৩নি ইমশৈশদা পানা ৪মা শগোল কাংজৈ মুক্তা শাজৈ। অহু ছমিত্তা হজুর কৈথাম চাপথা মচিন মনাও শ্রীযুৎনা পানা থোকপিখিএ। ১৫নি ঈরাইদ মাহুরূপ থারদা শরোংথাইবা শজৌ জমাদার, অহুম লাকফম হমজোঙ্গ, তোংবী খুংবার হিয়াং তাকৈএ। নাতাকপ শাকমা থোহৈএ। ১৬নি থাঙজদা শ্রীযু গুডোলাক পোংশংবদা শিকার লেঙথিএ। ১৭নি মোংমাইজিংদা থাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ গুডোলাকশু লেঙথংলবএ। ২০নি ইমশৈশদা গুডোলাক সাহেব চঙথিএ লাইরেন থাদি থাঙজনা হল্লে। ৯নি নিংথৌকাবা ছমিংকী নোংমাই মচুং পু ৫ মথাইদা শ্রীমহারাণীমা ঙ্মজাও লাইরেম্মগী শংদা মচা ইবেম্মা পোকএ। ককচিং থাইদি মরাংলম্বু হেরমা মা লিকক শাই। পানা থোকপিএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা লাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি শগোলসেন্দা কালথিনী মীনা মথা দা কৈথেল থুগাই, থাঙমা থিহলে হারহনা শ্রীযুৎ মহারাজনা পুলিস সিকাই ১৫০ পুহমা তিবিথামদা

লেৎখিএ। ২৭নি শগোনসেন্দা জিনি কাথ্রং থাদা থুংলে। মন্নাং লৈবাক্কী লৈবা মৈতৈ পুন্নমক্তি কামখিদা চংলে হায়বদু চৎলমদে। ২১নি থাঙজদা সিপাই ১০০ জিলা শিলোং কাওবা চৎখিএ। লমতা থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ৭নি ইমশকৈশদা জিনি ভিবোং পাৎচাও থুন ২মনা য়াম্না লাই কল্লে, মইহমরোংদু কল্লে হায়দুনা থুকমলৈ। শ্রীযুৎ মা য়াথং ওসি মথৈ মজিন মকাং মথে মবোং কলো হায়দুনা কৌ য়েনবি। থুন অহুমী লাইকম জিনকম, জিনখুন-লাইখুন পুন্নমা শ্রীযুৎ মা য়াথং লাইবাকপা অমুথোদ্বা শজিংপু লাংলো চাকহুনা লাংলমএ। ৪নি শগোনসেন্দা জিনিবাম কাথ্রং থাদা লৈবা ব্রহ্মচারিময়ুম মেলৈ শর্মদু সর্ভুমা হাপএ ক্লাংজি কিদা, থাথেনচপ্পা পিয়মএ। কাথ্রংথাদা লৈবা লাইশ্রথা হুলাম্বদু মেরাম হাপএ। জিনি লখিপুর শৌবাইজম চন্দ্রসিংদু শঙলেম লাকপা হাপএ। জিনি শামু পুনকম থেজ্রি ইবুংঙোতোনবু কৈরুংবা হাপএ। বাঙ্গেলা বাবুসিংবু ভেমঙহনবা হাপএ। জিনিজিপোং থোংবানতাবা মুহোনবু থাংজহনবা হাপএ। জিনি চন্দ্রপুর চোংথাম বিরসিংবু সাজর হাপএ। জিনি কাথ্রংথা থাংজম মিকোইসিংবু বলদেব সৈজ হাজারী হাপএ। জিনি চন্দ্রপুর থেনথোম বাবুসিংবু সুবিদার হাপএ। ১৩নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজ জিনি লেংলুবা থুংলৈএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি ঈরাইদা পামবিগী লানকমদা পুলিস সিপাই ৫০ চৎখিএ। ২৪নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেৎখিএ। শজিবু থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। অদু মুমিংতা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈএ। ৪নি থাঙজদা কিলাস বর সাহেপ[1] চৎখিএ। চেনশোন বর সাহেবনা[2] শিল্লে। ১৭নি শগোনসেন্দা বিষুব সংক্রান্তি ওইএ। অথ্রো খুনজাওগী কুম শক ১৮৪৪—১৮নি ঈরাইদা শজিবুগী পালোক ওইএ ২৪নি শগোনসেন্দা অহিং নোংমাই মতুং পুং ১ তাবদা কোঙ্গুংদা তোকপা চৎলকুনা থোংএ। ২৫নি ঈরাইদা শ্রীগোবিন্দজী বৈথোঙ্‌দা শংকুমএ। অদুগী মুমিত্তা কমতাগী থাম শ্রীটেকেন্দ্রসিংগী মচা ইবুংঙো মেঘর শিএ। কালেন থা ঈরাইনা হল্লে। ৩নি নোংমাইজিংদা[3] অঙোম নিংথৌগী দলান হোংএ। ৩নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা লেৎএ। ১২নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ লেৎখৎলকএ। ১৪নি ইমশকৈশদা শ্রীকুরাইলাংপম

---

১। L. O Clarke, Esq. I C, S

২। G. Gimson Esq. Officiating P A.

৩। তাং ৩০। ৪। ১৯২২ ইং বৈশাখ ১৭ অক্ষয় তৃতীয়া

থেবট্টাকারী শিএ। ১৫মি শগোনসেন্দা শ্রীমধুখৌ পাখংবো উমা শাহ্নুমা মূর্তি শিনশি হায়দুনা য়ুমিং অদুদা উতবা হৌএ। ১৯মি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি চৌএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মাঙোপ হোংবা তম্‌‌দা লেঙএ। ২২মি শগোনসেন্দা চৌংমাং থোংমাং মপা ৪ কেকএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা থোকচোম বেংশীদা শেনজম মচা ১মা কৈ মচা ১ কাইএ। মথুক্তা চিকএ. শিদে। ২৯নি শগোমসেন্দা শ্রীযুৎ মহারাজ শিলোংদা লেঙএ। ইঙা থা থাঙজনা হল্লে। ২০নি ইমশকৈশদা কোহুংগী থোংপোক থংবা লৈপন মহাদা নোংমাইথেম মচা শিতোন পুলিস সিকাইপা মতু ওইনাম চন্দ্র অঙৌবীগা ১মা নোংমৈনা পানমিন্নুনা শিরমএ। ১১মি শগোমসেন্দা ইংতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি থাঙজদা থোঙাইবা হকবা শিএ। ইঙেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১৭নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈএ। থবান থা লৈপাক-পোকপনা হল্লে। ১০মি নিংথৌকাবদা নিংথেম কুতোমগী চাকশং মৈ হৌএ। লাংবন থা ইমশকৈশনা হল্লে। মেরা থা ঊরাইনা হল্লে। ৪নি নিংথৌকাবদা লৌরেম্বম লৌবাইদগী শঙম ১ মোইরাংজাওনা কাহুনা শ্রীযুৎতা কংকনি হায়দুনা পুথংলকএ। ২ নি শগোমসেন্দা শ্রীযুৎ থুংলৈ। হিয়াঙৈ থা থাঙজনা হল্লে। ১১নি লৈপাকপোকপদা লেন যানা তাহুমা কৌ পুথি। থোবান্না কারকুনা শ্রীযুৎতা থাজমা কোকপিয়ু হজংলৈ। থাজমা থাইবোক ১ কোকপি। ১৭নি নিংথৌকাবদা শ্রীমাথৈরাকপম অযুথোম্বা পণ্ডিৎ শিএ। পোয়েল্লু থা লংমাইজিংনা হল্লে। ২২নি নিংথৌকাবদা মোইরাংদা চন্দ্রমুহোন পুরিংকৌ য়ুম অহিংদা মীনা থাই। ২৩নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা লেঙএ। ২৮নি থাঙজদা পোয়েল্লুগী সংক্রান্তি হৌএ। বাকচিং থা লৈপাক-পোকপনা হল্লে। ৬নি য়ুমশকৈশদা শ্রীযুৎ মোইরাংদগী লেঙথংলকএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎসু মহারাণীসু থোর সাহেপসু থা পোৎশংবদা লেঙখিএ। ১১নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ লেঙথংলকএ। ১২নি থাঙজদা অকাম লৌবুক মপান্দা থোকচোম স্থূপীমচা ১ লাইমা পুরে হায়না থিবা থংজেবু ঊশিংদ তাহুনা ৯নি তবদা লৈরমএ। ২০মি নিংথৌকাবদা ফংএ। ২৮নি থাঙজদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। কাইরেন থা শগোনসেমা[1] হল্লে। অহু হুমিত্তা লাৎ সাহেপসু থুংলৈএ। ৩মি থাঙজদা শগোম লমজেম তারেএ। তেপ চোংএ। অহিং রাস শারেএ। ৪নি লংমাইজিংদা লাৎ সাহেপ চঙখিএ।

১। তাং ১৮। ১। ১৯২৩ ইং।

ঙাংবম 5হু শখি তোম্বীমা মচা ইবুংঙো পোকএ। ১৫নি ঈরাইদা মহারাজনচিংবা নোংপোক কুত্তোন চংলি। শ্রীগোবিন্দজী মাঙোঙ্বা পাদা ৫ শসএ লেইত্তি ১৫০০ থাদ্নি। ১৮নি ঈরাইদা মুহারাইএ। থবান থা নিংথৌকাবনা হল্লে। সেকমাই অবাংদ ইরোই হরামবব্ হাংপা চুমদে হাবহুনা কাংলোকতা পিখিএ ১৫নি নোংমাইজিংদা মুহারাইএ। ২০নি ঈরাইদা লাইমদুম ব্রহ্মাবু বেবন্তাকারী হাপএ। ২৫নি ইমশকৈশদা উচেক-রোম্বী অমাকচাম্বা মুক্তোজায়মে মনাও খোমজ্রোবফি মে ২মমা মমাং ১ ভাগোকী কুম মথাদা হাংপগী মচিম মনাও কার্সি তোম্বুমা হাংখিএ। ২৯নি নোংমাইজিংদা মুংনাংইএ। লাংবন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৪নি ইরাইদা পংকোংকী বিচাম তোৌন্দা শ্রীযুৎকী ব্রহ্ম লোতা, মরাম্বু অহন সেনাপতিনচিংশা অঙম্বা পুম্নমকী মমাংদা থাইমগী শকনিংমা চংলকপা শর্ম্ম অহ হেচবগে ভায়হুনা লোইবিখি। ৭নি নিংথৌকাবদা মুহারাই। ২৩নি মুশশৈকশদা অমাকচাম্বা পণ্ডিৎ শিএ। অহ হুমিত্তা মোইরাংথেম মচা থাব- হেরুংবব্ পণ্ডিৎ অচৌবা হাপএ। মেরা থা শগোনসেনা হল্লে। ৭নি লৈপাকপোকপদা মচা ইবুংঙো যুবরাজগা মনাও ইবুংঙোগা ২মা লাইবিক তমুবা থুংলে। ৮নি ইমশকৈশদা থাজবাং অমৌবা হোংএ। লোংজাম্বা গোপালজসিং পণ্ডিৎপু লমথাং খুংলং স্না খুজি পীএ। ২১নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ এডাগজ লেংথোকুমা থাইনা মমাংঙৈগী মুত্তোঙম্বা শ্রীযুৎ মহারাজ তি নেংলে পামা ৪মা হিয়াং ভামহল্লে। শ্রীচুংথা তোলেন হিনাও হংদনা স্না খুংঙ খোগন তৌএ। স্না খুজি লমথাং খুংলং থাবেন চংপা হৈকজোম পীএ মুক, কাংজৈ লমজেমচিংবা তৌএ ২৪নি থাঙজদা মুহারাইও থানি শগোমসেন্দ শ্রীযুৎ মহারাজনা শিকাই মম্ম পুম্বনা শামু কানা লাঙথিএ। তযাইজ থা ঈরাইনা হল্লে। ৯নি থাঙজদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়ম্বু থা নোংমাইজিংমা হল্লে। ৫নি ইমশকৈশদা মহংম জ, মযাম্বু হন সেনাপতি গারোংকী জমাদ্দাম সুবিদার ৩০ অকম অথৌ ৩০ ঐ ৬০ গ লোয়নমা শামু ভানকম স্নৌমা লেঙখিএ। ৮নি থাঙজদা শ্রীযুৎ পলেজগী থুংলৈ। ৯নি নোংমাইজিংদা অমুক লেঙখি। অহ হুমিংতা লোইত্তাম জুলোনগী মচা ১ লুবাংলোন খুনৌগী ঈশিংথোং মপান্দা শিহুনা লৈরম্বব্ খুংথাংনা দাকপা স্নৌমা পুরকএ। ১০নি নিংথৌকাবদা পোয়হুগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি নোংমাইজিংদা শামুমাইলাংপম কামো হিদংবু

লম্বোইবে হায়রম্না উগ্রোম থৌদনবু খামজি মাইদে হায়রম্না লোয়াং লোয়্রি, অহু মুমিত্তা ইবেম্মা চিংথাখম চন্দ্র অপাম্বীনা মচা ইবুংঙো পোকএ। ২৪নি লৈপাক্পোকপদা মহারাজনা কবোগী শামু তানকমদগী কৈ মচা ১ পুরকুম্না থুংলে। বাকচিং খা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৯নি নিংথৌকাবদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু মুমিত্তা মহারাজ শামু তানবদগী থুংলে। ১৫নি নিংথৌকাবদা ইন্নিম মপান খেত্রিকমপুদা লৈবা পাওন মচাদা মপাবু থাংনা বাল্লে হায়রম্না পুখংলকএ। অকোনবা ১৫নি লৈপাক-পোকপদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা থাংজিং খুরুম্বা লেৎএ। তম্না থুংলে। ২২নি নিংথৌকাবদা ময়াম্বুহল খোর সেনাপতিস্থ শামু অমোম ১ লাবা ১ শামু ২ কারক্তুম্না থুংলেএ। ২৪নি ইঙ্গাকৈশদা মুহাবাই। অহু মুমিত্তা মখোঙ কাংজৈবুংদা ফুলমচা কুপ্পে তৌএ। ২৫নি শগোনসেক্তা কৈবাই ৫গী মুগী মচা পোকপা খা ২ তবদগী ৬ তবামথৈ কাংজৈবুংদা পুখংতুনা য়েংএ। কাইরেল খা ইঙ্গাকৈশনা হল্লে। ৮নি ইঙ্গাকৈশদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু মুমিত্তা শ্রীযুৎ ময়াংদা লেৎএ। ১০নি ঈরাইদা থ লবাং মপান্দা হিজগাং[1] হৌএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা কারকপা শামু শ্রীযুৎকা লোয়মদা থুংলে। ১৫নি ইঙ্গাকৈশদা খা শানা কংএ। ১৭নি ঔবাইদা কারকপা শামু কোকচাইদা পুখৈএ। শ্রীযুৎ মহারাজ, ইবেম্মশিং ৩গা লোইনখিএ। ২২নি ইঙ্গাকৈশদা শ্রীযুৎ কোকচাইদগী থুংলে। অহু মুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ বৈখোপত্তা শংকুমএ। কাইরেম থাপদা গোবিন্দ মন্দিরদা লেৎশিল্লি। লমতা খা শগোনসেন্না হল্লে। ৮নি ঈরাইদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু মুমিত্তা ফুংথাম পিবা ফুংগাগী হিনাও হনপা মতুমদা নাওদা ফুংগাগী য়াহমাগা থম্বাল অচৌগা ফুদা ২মক্তা কামাখ্যা[2] দেবীগী চেং হৈবা, চাকলোন কংপদা নিঙাই তৌনবা অচ শ্রীযুৎ ম্না য়াথং পিবা ফুদানা পুক্রৈদা নাওদা ফুদা নখোয়না মতুংইন্নু হায়রম স্র. য়াথং হায়দোকএ। ১০নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ নম্বোন কো থামদা লাইকম লাকপগী কুত্তোন লেৎএ। ইথৈ থোক্নি। অহু মুমিত্তা মুহারাইএ। ২৩নি ঈরাইদা চৗং-থৈরোং মচ্ছি পুচ্ছি লৈকাইদা থোরখালী মুগী ১বু থোয়খালি নিপা ১দা হাংলে। শজিবু খা থাঙজনা হল্লে। ৯নি নংমাইজিংদা বিত্ত সংক্রান্তি ৩ই।

১। হিজগাং—থি থকম শঙ।

২। কামখ্যাদেবী—হিয়াংথাং লাইরেম্বা।

কক্চিং চূড়াসিংগী কুম শক ১৮৪৬—১০নি লংমাইচিংদা শজিবুগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিত্তা মখোল লাইহোনতমদা চুংশিং শিংপদা হুম ভেকুনা হুপী ১ নিপা ১ শিএ। থাজদহু লেম হাকনা ভাহুনা শম ১৩ শিএ। ২৪নি ণোংমাইচিংদা নকুল মপাল থাংজম চৈথাইদা চৈথা ওক্রম মচা মন্ত্রীসিংদা জা থুদাদা কাথংলমএ। কালেম থা নোংমাইচিংনা হল্লে। ৭নি নোংমাইচিংদা চবুংবা মেজোর শিএ। ৮নি নিংথৌকাবদ ইরোইশেম্বদা থকী ভেন ভাহুনা হাকোংথোনমুপী ১ শিএ। ১১নি শগোনসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইচা থা চৈপাকপোকপনা হল্লে। ৭নি নিংথৌক'বদা মোংভানবা হারহুনা শ্রীগোবিন্দজী মমাংদা শনবী ১০৮ মথোম ভুমএ। শ্রীমদ ভাগবত পাঠ তৌএ। ব্রহ্ম সভামা মঙ্গল তৌএ। ১০নি শগোলসেন্দা মচা ইবুংতোহল লুভন থাংএ। ইভেম থা শগোনসেন্না হল্লে। অহু হুমিং মন্ত্রি পুন্নি থোংনাং মখোংদা হুপী হাংপা থোরথালি বামোম কাশি তৌএ। ৯নি ঈরাইদা পাথংবগী লাই মপী ভেং কংএ। থাশি শগোনসেন্দা মোংয়াইদা মোংমাইচিং কিথৈএ। থবাম থা ঈয়াইনা হল্লে। মোংমো পামবা ঈরাইগী অমুকী হুথক কাওবা থোং লাওহুনা নিংথাই। অহু হুমিত্তা হুমিদাং হুথক মতুং পুং ওদা হুহারাই। থামিন শগোনসেন্দা থা শানা কংএ। ১৬নি ঈরাইদা হিদাম চহু লাই মপী শিএ। লাংবন্না নোংমাইচিংনা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা ভথেনশা ময়া ককএ। ১২নি ইমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১১নি ইমশকৈশদা ভথেনশা ময়া অমুক হুয়া থুবোম ১ ককএ। ১৩নি ঈরাইদা শগোম্বন থাহয়মবন্দগী হৌমা লবী মপামগী থোংনাং মশা য়াল্লে। ২০নি থাভজদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি চৈপাকপোকপদা শিকাংগী শামু কান্দবা শামু ৬ ভেথাউদগী থুংলৈএ। ২৮নি লংমাইচিংদা শ্রীযুৎ কবোরমদা শামু কাথা যাত্রা তৌএ। অহু হুমিত্তা থিংবাই মেজোরনচিংনা মী ৩০ চংলি। হিয়াঙৈ থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৬নি নোংমাইচিংদা শ্রীযুৎ বাংজিং চৈহেচৈ। ৯নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ শামুগী শাথোং শিনবা পলেন্দা লেভএ। ২০নি নোংমাইচিংদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়রু থা শগোনসেনা হল্লে। ৩নি থাভজদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। ১৬নি ঈরাইদা থাদচৌং কিহংগী শ্রীযুৎ মহারাজনা ইরোই অচৌবা ১ কংলি। ১৫নি শগোনসেন্দা বাথপাইদা থোংভাম মচা ১পা বাহেংবম মচা ১ পা থুংলাং ভোনথগী মৈনবদা থোভাম মচা শিএ। ১৬নি চৈপাকপোকপদা পোয়রুগী

সংক্রান্তি হৌএ। বাকচিং থা থাঙজনা হল্লে। ১২নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎনা শান্ন্ লাবা ২ অমোম ৬ কাবকুনা য়া কোয়ূংদা থুংলে ১৫নি থাঙজদা শান্ন্ ১ লাই ১৬নি নোংমাইজিংদা শিএ। ১৯নি ইরুশকৈশদা বাকুচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা চাং সাহেপ থুংলে। ২৫নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎকা লৈপাকী অঙবা পুময়কা দরবার তৌএ। ২৭নি ইরুশকৈশদা ছিমাং ভাবে। ২৮নি শগোনসেন্দা শগোন কাংজে শালে। লাহাকপ থাকমনা থোই। যুরাজি অহল্লুপ লাইকংনা থাইএ ২৯নি ঈরাইদা লাংসাহেপ অরাংলম চংখি। কাইরেন থা নোংমাইজিংমা হল্লে। ৫নি শগোনসেন্দা শ্রীমধা শিজ এথাম্বুহেম সেনাপতি ২মা শ্রীবৃন্দাবোন্দা লেঙখিএ। ১২নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎনা মাইস্নাম চন্দ্র ইবেম্মা গুনদনি লুহোংএ। ১৪নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎনা ইবেম্মা চিংভাখং চন্দ্র অপাম্বী মনাওশিং ৪গা লোয়নুমা শ্রীবৃন্দাবন্দা লেঙখি। ১৮নি ইরুশকৈশদা বামোন হজবা শিএ। ২৬নি শগোনসেন্দা খুচরন অরাং ছুকান্দগী ময়াং ১ থৌজি য়াম্মুনা শিএ। লমত থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১৯নি থাঙজদা ইবেম্মা মহারাণী মচা ইবেম্মা ভমকময়া ২মা পর্ভাব বৃন্দাবন লেঙএ। ২০নি নোংমাইজিংদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি ইরুশকৈশদা মখাম্বুং সেনাপতি মমাশিজ শ্রীযুৎকী ইবেম্মশিং ৫ম্ন শ্রীধামদগী থুংলে। শজিবু থা ইরুশকৈশনা হল্লে। ৩নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজ মনাও হংবম্ম মহারাণী ছম্মাম্মা ৩মা থুংলে। ৯নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ য়া য়াথং শ্রীহবুখৌ পাখংবগী মচুমে, ফিজেৎমে, খুৎলাইমে, শাদোংনে হৌনবী গুনা সাংগ্লো তাবখো হায়না য়া য়াথং হায়রোকএ। ১২নি নিংথৌকাবদা তানবৈবা লোইশঙদা কাবা লুক্রাম অঙৌমা কোম্মুদা শিএ। ২০নি নিংথৌকাবদা বিত সংক্রান্তি ওই। লাইঙ্গম মেথোগী কুম শক ১৮৪৭—২২নি ইরুশকৈশদা মচা ইবুংঙো ২মা থুংলে। কালেন থা ঈরাইনা হল্লে। ৬নি ইরুশকৈশদা লমদেংগী খবিরম চাওবা বামোনগী ময়ঙোঙ্বা থৌবি য়াম্মুনা শিএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা সাহেপকী হাওবা মমুংদা হাও মচা ১ থৌবি য়াম্মুনা শিরমএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎকা মচা ইবেম্মা ৩মা শিজোংদা লেঙএ। ইংঙা থা থাঙজনা হল্লে। ৯নি নিংথৌকাবদা ইরোইশেম্বা ঊরিবোক মন্ত্রী লৈকাই ঊশিং লেম পিদে হায়নুমা চবুংবা খোমলৈনচিংনা মুপী ৪ নিপা ১৬ কাদোক্কা পীএ। ২০নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎমচিংনা মচা ইবেম্মশিং থুংলে। ২৪নি নিংথৌকাবদা

ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা শিংজাইদ মথা থোংনাং কৈদেকপীদা লাকপ ভেনজুনা নিংথৌবু কর্বালা লৈমা লাইঙ্গম অমুনা থাংনা যাল্লমহুনা চৈনখি। মপাবু কাহুনা পুখৎলকই। থাদি নোং লোংবাইজিদা মুহাবাই। ইতেম থা নিংথৌকাবনা হান্দ্র। ৫নি ইমশকৈশদা রাজবাপুরী ময়ুম মৈ থাই। ১২নি ঈরাইদা মচা ইবুংচো ২ লাইরিক তম্না চৎখি। ২৭নি ঈরাইদা ইংজেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৪নি থাঙজদা কোনোক থিজেল্লা বামোমগা মৈতৈগা মৈমছুনী পুখৎলকএ। অহূ মুমিত্তা কোম্বা থাকমদা বাটখোমচা ১না কৌ হবদা কংলহুনা কৌ মপু মুপীবু বাইখ্বা হবানবনা থা মা যাল্লমহুনা কাদোক্ত পিখি। ১৫নি লৈপাকপোকপদা থা শানা কংএ। ২৮নি নিংথৌকাবদ থৌই মগী সংক্রান্তি হৌএ [illegible] থবন থা শগোনসেম্বা হল্লে। ৫নি নিংথৌকাবদা মথাও ইবেম্মা ভাংবম চন্দ্র লৈমা পুনৌগী বাকোনশা হৌএ। ২৯নি শগোনসেম্বা লাংগনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবা থা থাঙজনা হল্লে। ৬নি শগোনসেম্বা মচা ইবুংঙো ৩ থু লৈ। ৮নি ঈরাইদা মাংজাঙংবু শিলোংতা থাজিনখি। ১০নি কাক যাত্রাদা লৈ বা। অধান ছাং ৯৪ পরিখি থুম নামা পীএ। ২৫নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎনা চকপম থুরাই ভাব কোম দ পিবাগী শাগৈবু থাকদ পানা ওইহনখি। ২৭নি ইমশকৈশদ শ্রীযুৎ শামু কাবা লেঙখি। ২৮নি শগোনসেম্ব মচা ইবুংচো ৩ অহাংলম চৎখি হিয়াং থাজি নোংমাইজিংদা হল্লে। অহূ মুমিত্তা মীলকুখিদা ঈশিং ৩ বা হিজম মচা ১ থা ১গী নোংমদা কংএ অহূ মুমিত্তা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ৪নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। ৫নি শগোনসেম্বা ময়াম্বু চন পুংলৈ। ৮নি লংমাইজিংদা থাঙবোক্তগী শঙ্গন ভৌবা নিপা ২ কারকএ। ২৩নি লংমাইজিংদা ময়াংগী কঙবোংনা শ্রীগোবিন্দ থুরুম্বা থু লৈ। পোয়ম্ব থং লৈপাকপোকপদা হল্লে। অহূ মুমিত্তা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ ২নি শগোনসেম্বা থৌবাল থেকমদা থোভাম নিংতোল থবাল নিংথৌজম ৩ংবী ইমুংদ থৌরি য়াম্বুনা শিরমএ। ৩নি ঈরাইদা নবেম্মা ভাংবম লৈমধুবী অহনা মচা ইবেম্মা পোকএ। ২৪নি ইমশকৈশদা মুহাবাই। বাকচিং থা ইমশকৈশনা হল্লে। অহূ মুমিত্তা পোইরৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি থাঙজদা পুলিস মন্তু থুংজোইবৈ। ১৫নি ইমশকৈশদা মুহাবাই। ১৬নি শগোনসেম্বা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেঙখি। ১৭নি ঈরাইদা মবুথৌ পাখংবগী লাই মগী লাইশ্রবী পুখৎলি। বাকচিং থাপিদা সূর্য্যগ্রহন

থোক্এ। কাইরেন থা ঈরাইনা হল্লে। অমু তুমিত্তা বাকচিংগী সংক্রান্তি থোক্এ। ১১নি মোংবাইজিংদা শ্রীযুৎ থুংলে। ১৬নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ কবোরম শামু কানা লেওখি। থাদি ঈরাইদা শ্রীযুৎমা শামু লাবা ১ অমোম ২ কাবগী পারু থুংলে। লমতা থা থাওজমা হল্লে। অমু তুমিত্তা কাইরেনগী সংক্রান্তি থোক্এ। ৫নি ইমশকৈশদা লমজাও মৈ চাকপদা কোকচাই শামু শংনচিংবা যুম ১৬ চাকএ। পাওবিচেক্তা পাওমগী যুম ২ মৈচৈগী যুম ১ চাকএ। অমু তুমিত্তা থুবাই সোইবম লৈবাইদা যুম ৬ মৈমা চাকএ লমতা থা মলমাস ওই। লমতা থা মিংথোকাবমা হল্লে। ১১নি ইমশকৈশদা লাং-মৈদোংদা পাওন ২ শিরমএ। ১১নি শগোনসেন্দা পুজারিশিংগা মোংজম্বুগা মোংবাইজিংগী লাইকম স্বরস্বতি তুওগী থংনবা শ্রীযুৎ সনা মংদা বিচার থোনবদা শ্রীযুৎ স্না মাখং নোলম্বুনা চুমএ হায়জ্না স্ব: মুহোর পিখি। শজিবু থা লৈপাকপোক্পনা হল্লে। অচ তুমিত্তা শজিবুগী পালোক ওই। ককচিং লৈরেনগী তুম শক ১৮৪৮—২নি ইমশকৈশদা শজিবুগী সংক্রান্তি থোক্এ। অমু তুমিত্তা মুচারাই। ১৫নি ঈরাইদা শামু মৈতংশীমা মচা লাবা ১ পোক্এ। ২৮নি মিংথোকাবদা মুহারাই। কালেন থা ইমশকৈশমা হল্লে। ১২নি মিংথোকাবদা লৈকাই ৪মা তুমেন লুখাই কাওপ কাংজৈ শাইম। বাংখৈ মোংপোকমা থোই। শ্রীযুৎনা খুংপু ২দা লুপা ৫০ পীএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা মুহারাই। ২১নি ইমশকৈশদা কাংজৈ অমুক হৈরে। ইঙা থা ঈরাইনা হল্লে। ৩নি মোংবাইজিংদা মোইরাং থাবল পণ্ডিৎ অচৌবনা কুমহুনা নিংথৌতা ইরেনগী থুদম ভৌবা ইরাংলি। ১৮নি নিংথৌকাবদা মচা ইবুংতো ওমা শিলোংদা লেওখি। ১৯নি লৈপাকপোকপদা মাইমিবেংজগী অক্রেকপম মচা ১মা সনসম মচা অতোনবু হাংলে হায়দুনা পুংথংলকএ। ইঙেন থা থাওজমা হল্লে। ১১নি ইমশকৈশদা লাইমমুম ইবুংতোতোন থানাদা অহিং থৌরি মান্দুনা শিরমএ। থবান থা নিংথৌকাবমা হল্লে। ১০নি ইমশকৈশদা থবানগী সংক্রান্তি থোক্এ। ১১নি শগোনসেন্দা মুহারাই। ২৫নি ইমশকৈশদা পাওম মপামচা লাংপা হুইজোম অহৌ ফাশি তৌএ। লাংবন থা ইমশকৈশমা হল্লে। ৩নি ঈরাইদা থোকচোম পেংগীদা কৈশাম মংচা মিপা ১ থকী চেনা পাম্লুনা শিএ। ৪নি থাওজদা খোম্বিদোক্তা থকী চেন তাম্হনা হাওদুগী ১ পারুম মিপা ১—২মা শিএ। ১১নি থাওজদা লাংবনগী সংক্রান্তি থোক্এ। ১২নি মোংবাইজিংদা শ্রীযুৎ শিলোংদা থৌরি চিনবা

লেতএ। ১৮নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ বিষ্ণুপুরদা হুমৈ তৌরবা থুংলৈ। মেরা থা শগোলসেন্না হয়ে। ১২নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিংতা লক্ষেল মপান উরিবোক্ত কাদোক্কা ভকাবু য়োংনা য়াম্বুনা চেনখে। ১৭নি থাঙজদা য়ুহায়াই। অহু হুমিংতা মাইবা ভানগী পুং লেপাই। ২৩নি ঈরাইদা পুং থিংই। ২৪নি থাঙজদ বামোয়া তৌরবা বিচার শ্রীযুৎনা পাত্তিং অচৌবদা পিরে। মকোংনা শেনবুং ১ থাজায়া শেনবুং ১ শ্রীযুৎতা কংলি। পোংথাং চৈথাং কোকপি। ২৫নি মোংমাইজিংদা কক্চিং থুংলেন্দা হুদাই মিংথৌ থুদম তৌবা থুরুমএ। অহু হুমিত্তা পাঙন কাদোক চেমখিএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা কাদোক চেমখিবা ২ মৈয়োক্কী নোংজেম মোংমৈনা কাপ্পুনা পিনা পুথংলকএ। থাজ মচাদি মথুত্তা পাম্বুনা পিরকে। থাপি ঈরাইদা লাং সাহেপ থুংলৈ। তোপ ১৭লক কাপএ। হিয়াংলৈ থা থাঙজদা হয়ে। অহু হুমিত্ত মাহাকপ অহনুপ কাংজে পারে। নিংথম পমজিম চিম্বুনা মুক্কা পারে। ২নি মোংমাইজিংদা ইমুগা ইতৌপা হিয়াং তারে। ইমুদা চিংতাথমচা অঙৌবীনা তোংএ। ইতৌদা তাংথমচা স্বামবিশোরমা তোংএ। ইতৌমা অহানবদা থোই, লাংসাহেপকা শ্রীযুৎকা দরবার তৌএ। তোপ ৩৭লক কাপএ। ৩নি নিংথৌকাবদা লাংসাহেপ কবোয়াদ চঙখিএ। ১০নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ বৃন্দাবনদা লেঙখি। পোয়াহ্ থা নিংথৌকাবনা হয়ে। ১৬নি নিংথৌকাবদা মন্ত্রী পুখ্রিদা হবাপাড়ীদা থাংজম মচা হুপী ১ তহ্নুমা পির্এ। জাইত্তর অহু কাদোক্কা চহি ৩ পীএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা হুহোয়াই। ২৭নি ইরাবদা কোম্বা অহল্লুত্তা লৈবা বাহেংবম মচা মাথোপদা কাইবদা লৈবা পাঙন হুপী ১ লৌহ্না পাঙল ওইখিএ। বাকচিং থা লৈপাকপোকপনা হয়ে। ৫নি থাঙজদা শ্রীসুরচন্দ্র নিংথেমহল কৌবা চিংলেন লাম্বনী মহারাণী মৈতৈবৈমা তাংবম চন্দ্রপ্রেম মণি লৈনি লৈশংখোম্বী লোংপাই। ৬নি মোংমাইজিংদা কবোরমদগী শামু লাবা ৫ অমোম ১ থুংলৈ। ১৩নি থাঙজদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। ১৮নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ কুমৈ তৌবা অমুক লেঙপিএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। কাইরেন থা শগোলসেনা হয়ে। ১২নি মোংমাইজিংদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিত্তা য়ুহোয়াই। ১৩নি নিংথৌকাবদা লেম হাকপা তাই। লথবা থা ঈরাইনা হয়ে। ৮নি ঈরাইদা কবোদগী শামু লাবা ১ অমোম ৫ থুংলৈ। ২০নি মোংমাইজিংদা শগোয়াম তারে। ১২নি লৈপাকপোকপদা

থুহাবাই। অহু থুমিত্তা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি ইঙ্গেনকৈশনদা থৈবী পাই। শজিবু থা মোংমাইজিংনা হয়ে। ১২নি ইঙ্গেনকৈশনদা বিভ সংক্রান্তি ওই। লাংওথেন চৌখনী কুম্ শক ১৮৪৯—১৩নি শগোনসেন্দা শজিবুগী পালোক ওইএ। ২২নি নোংমাইজিংদা মচা ইবুংতো ওঙা থুংলেএ। কালেন থা নিংথৌকাবনা হয়ে। ৮নি নিংথৌকাবদা লৌকাশঙনা হাও চৌকিদার মংলাক্লহনা শিন্নমএ। ১৪নি নোংমাইজিংদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেওখি। ২৬নি ঈয়াইদা দাক্লগা বাবু বুধচন্দ্র শিএ। ইঙা থা লৈপাকপোকপনা হয়ে। ৮নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ শিলোংনগী থুংলৈ কোবচাইদা শাম্ ১ শিএ। ১৫নি ইঙ্গেনকৈশনদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থা ঘুমশকৈশনা হয়ে। ১৬নি শগোনসেন্দা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থা শগোলসেন্না হয়ে। ২নি ঈয়াইদা কাং ৩ থোক্লা চিংই। ১৩নি নোংমাইজিংদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা ভৌবুদা লৈব থৌদাম মচা মোদোন মচু যাংওখম চম্ভুদা লৈরোই হায়হুনা মপামদা লৈন্দা মবানা চৎখি হায়দুনা চিনবদা মথেগা রৈহুনা শিএ। ২০নি ঈয়াইদা কোদোমপোকপিদা লৈবা মিংথৈজম থানিগ্না যুম ২ মৈ থাহুনা পুখৎসকএ। থবান থা ঈয়াইনা হয়ে। ৩নি মোংমাইজিংদা যুগাবাই। ১২নি ইঙ্গেনকৈশনদা কোয়ুংদা শাম ১ শিএ। ২৩নি থাওজদা শ্রীযুৎনা থোংনাং জোঙা কাম্নি। ২৫নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ কোহিমাদা কাংজৈ শাম্নবা লেঙএ। লাংবন থা নোংমাইজিংনা হল্লি। ২৯নি ঈয়াইদা শ্রীযুৎ থুংলৈ থাশি নোংমাইজিংদা কৈবাওদা লৈবা পাঙন কাইরং ভাবা হইকঙা শন হুমঙা বংহুনা বাশাংদা ওক পুনবঙম পুন্দুনা কোয়ুদা পুখৎলকএ। মেরা থা নিংথৌকাবনা হয়ে হিয়াঙৈ থা ঘুমশকৈশনা হয়ে। পৌইরঙ থা ঈয়াইনা হয়ে। ৩নি নোংমাইজিংদা নঙোন লোকপচিংদ লৈবা লাংপোকলাকপা অঙাতোম্না নিংথৌজম চাওবগা লৌগী খংনবদা নিংথৌজম চাওবু থাংমা হালপা। মযুমস্থ মৈ থাই হায়দুনা মযাবু অহল কুমহুনা পুখৎলকএ। ১৪নি ইঙ্গেনকৈশনদা লাং সাহেপ থুংলৈ। মোংমৈ ২৩লক কাপএ। থাদিল শগোলসেন্দা থা শানা কংএ। ১৮নি মোংমাইজিংদা হিয়াং ভাবৈ। ভুমহুপ লাইকমগী হিদা মোংথোমথম্ কোয়োম লাকপনা ভোংএ। মাহাকপ থাকংগী হিদা কত্রম্ব গৌড়সিং লাকপদা ভোংএ। অহানবদা গৌড়সিং লাকপনা থোই। অকোনবদা কোথোয়া থোই। ১৯নি

নিংথৌকাবদা লাংসাহেপ চঙখি। নোংমৈ ১৭ লক ফাপএ। ৱাকচিং থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ২০নি নোংমাইজিংদা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অহং মু মৈরা শ্রীযুৎ কণিকতাদা লঙখি। ফাইরেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৫নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ থুংলে। ১৬নি নিংথৌকাবদা ব্রহ্মচারিমযুম নিমব্রেৱর শর্মা রাজপুরিংগী লাইশঙ মাঙোন ভিংথনা কুপ্পুনা লোংএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা ইমশকৈশনা হল্লে। ২৩নি ইমশকৈশদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থা শগোলসেনা হল্লে। ২৫নি ঈরাইদা বিত সংক্রান্তি ওই। কুমকি অহৌগী কুম শক ১৮৫০—২৪নি থাঙজদা শজিবুগী পালোক ওই। ২৮নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ কোমলা-খোংদা ভা চাবা চংলি। থাশি ঈরাইদা থুংলে। কালেন থা থাঙজনা হল্লে। কৈরাঙ লংচুমদা লৈবা খৌদাম মচ ১গা ফাউনবম নিঙোল ১গা থাজোম্না লেপ্পুনা থানাদা পুখংশকএ। ২৩নি নোংমাইজিংদা শামু ভখেন শানা কিগৈদা মেনশেনবম খখানলাওবু হাংলি। মতুং নোংমা কোনবদা কংছুনা পোংলোই। ২৫নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৭নি ইমশকৈশদা খোইজুমান্না ৱাইরোকপংগী যুম ভেকুনা মুগী ১ শিএ। ১মা মথুং ভেকএ। ইঙা থা নোংমাইজিংনা হল্লে ২নি নিংথৌকাবদা লাইথোকপগী হুইদোম লাই থুকমএ। ৮নি নোংমাইজিংদা তাকল্লেন্দা থকী ভেম ভাহুনা শল ৩ শিএ। ১৪নি থাঙজদা মুগাবাই। ১৫নি নোংমাইজিংদা থা শানা কংএ। ২৭নি ঈরাইদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১৬নি ইমশকৈশদ কোনোক থিঙেন্দা লাইকংবম মচা ১ থৌনি মান্নুনা শিএ। ২০নি নোংমাইজিংদা ৱাইখোল লৈকাইদা মেন্তেমম ভোজাও চৈক্কোকথোংদগী ভাহুনা শিএ। থাশি লৈপাকপোকপদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। মলমাস ওই। ইঙেন থা ইমশকৈশনা হাল্লে। ৪নি থাঙজদা মুহারাই। থৱান থা শগোলসেনা হাল্লে। অহং মুমিত্তা শামু ঝামিনি শিএ। ৫নি ঈরাইদা থৱানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫মি নোংমাইজিংদা কাদোক্না মরাংলমম অঙাংহলবু হাংলে। লাংবন থা থাঙজনা হল্লে। ৩নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি থাঙজদা কোহিমাগী সাহেপক্না শ্রীযুৎকা ক্রিকেৎ শাৱৈ। শ্রীযুৎনা প্রাজন ২০০ থোই। ১৬নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎনা পানজল ৫৫ থোই। মেরা থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ৫নি শগোলসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি ইমশকৈশদা মৌকা খেলদা মেবীগী পাম্বোমদা মৈকাম্মীপ্পা

থাই। ১৩নি নিংথৌকাবদা চিংথৈ কমেংদা লিকোম শাম্বদা নিপা ২ ঊরেনবদা শিংগাম মচা ১ শিএ। থাশি মোং নিংথৌকাবদা হুমিংপু শামা কংএ। হিয়াঙ্কৈ থা লৈপাকপোকপদা হল্লে। ৫নি থাঙজদা হিয়াঙ্কৈগী সংক্রান্তি চৌএ। ২৮নি নোংমাইজিংদা মুহারাই। পোয়নু থা শগোলসেন্না হল্লে। ৪নি নোংমাইজিংদা পোয়নুগী সংক্রান্তি চৌএ। ১৯নি শগোলসেন্না পোইবু হাও ১ শ্রীযুৎনা সেনাপতি হাপশিএ। মোলাই, থাংমেনচংপা, পেনচিংবা শীএ। ২০নি নিংথৌকাবদা ইলেজার সাহেব শিএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা ইবেম্মা মাইনাম চন্দ্র ওবদনি মচা ইবেম্মা পোকএ। ৱাকচিং থা থাঙজমা হল্লে। ৩নি নিংথৌকাবদা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি চৌএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা কবোদগী শামু লাবা ১ অমোম ১ কারকপা থুংলৈ। ফাইরেন থা নোংমাই-জিংনা হল্লে। ৪নি ইমশকৈশদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি চৌএ। লমদা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। অদু হুমিংদা শ্রীযুৎকী মচা ইবেম্মা লুহোংদুনা পোইবমদা থিনথৈএ। ৪নি ঈরাইদ লমদাগী সংক্রান্তি চৌএ। ১০নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎকী মচা ইবেম্মা চমুন্না অঙোমদা লুহোংদুনা থিহৈ। ২৭নি থাঙজদা মুহারাই। শজিবু থা ইমশকৈশনা হল্লে। ৪নি থাঙজদা বিশু সংক্রান্তি ওই। ককচিং তোমচৌগী কুম শক ১৮৫১—৫নি লংমাইজিংদা শজিবুগী পালোক ওইএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা মুহারাই। অদু হুমিংদা মচা ইবুংঙোহলগীদমক ঊরিল্লা দেশতগী নিঙোন ১ শিবগীদমক তোপ ১৯লক কাপএ। ব্রহ্ম সভা তিন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী মাঙোংদা সংকীর্তন শকএ। থাশি শগোলসেন্না সূর্য্যগ্রহণ চৌএ। কালেন থা ঈরাইমা হল্লে। ২০নি লৈপাক-পোকপদা শ্রীযুৎ যুবরাজ ইবুংঙো সেনাপতিদা শন পোংম্বা কংলি ইঙা থা থাঙজমা হল্লি। অদু হুমিংদা মুহারাই। ৩নি নিংথৌকাবদা ঊশিং চাওন্দুনা যুম মান্না থুমএ। লোংজম গোপাল পণ্ডিৎকী অজোই তেন্দুনা মী ৫ শিএ। মী অতৈনু তাউথন্দুনা শিএ। কৌনু মান্না মাংই। ৬নি লৈপাকপোকপদা বিজোই গোবিন্দ মৈনা চাতুনা অনা কুমএ। ১৭নি নিংথৌকাবদা মচা ইবুংঙোহল থৌগল পূমনকা লোয়ননা ঊরিল্লা দেশতা লুহোংবা লেঙএ। ২০নি শগোলসেন্না শ্রীবিজোইগোবিন্দ অদমাগ চৌএ। ইঙেন থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ২নি রথযাত্রাদা কাং পৈদুনা চিঙা য়াদে। ৪নি ইমশকৈশদা কাং তেকএ। অদু হুমিংদা মচা ইবুংঙোহল লুহোংবা চংলুবা থুংলৈ। থবান থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১০নি শগোলসেন্না

মোংমাইথেমচা পুথ্রনবা শিএ। ১৮নি ঊরাইদা সেকমাই অয়াংদা মী হাৎনৈ। খুৎইরাকপম নিংঙোলগা, মিপাম্ভ খুৎইরাকপমমে মহাক অঙোমনে। ২৩নি ইমশকৈশদা লেম্বা খুনমী হাও লৈশাবী ২ শ্রীযুৎ মহারাজদা শেংবিয়ু হায়দুনা কারকই। মাংবম থা ইমশকৈশনা হল্লে। ১১নি খাঙজদা শমলম নিংথোল লৈশাবী ১ মুতুম লৈশাবী ১ মখোয় ২মা তুরেল্দা শাইমা লৌহুনা শিএ। মেম্না থা শগোনসেন্না হল্লে। ১৩নি ইমশকৈশদা ঙাযৈ হাও ১ ঊশিংদা লাইনা লৌহুনা শিএ। ১৪নি শগোনসেন্না হৈক্রুজম লমাইদা কাম্বম মচা ১না মতুমু শিংজংমা য়াম্নুনা হাংজি। হিয়াঙৈ থা থাঙজনা হল্লে। ১৩নি ঊরাইদা কোন্থুংগী দোলান শাবদা কিমহুনা মিষ্টী ২ জোগালি ২ ভাই। ২৬নি ইমশকৈশদা থাংখৈ মাস্কেবম লৈকাইদ অংকাইভম মেলৈ খোঁমি য়াম্নুনা শিএ। ২৭নি শগোনসেন্না থাংখৈ লৈকাইদা লৈবা থাংজম এক্কায় শ্রীযুৎনা হুৎবা হাপপিএ। থামেন চংশ পীএ। পোম্বম থা মিংথৌকাবনা হল্লে। ১১নি ঊরাইদা মচা ইবেম্মা ভমফাম্না সিনাম কুকমুংহান্দা লুহোংহুনা পিহৈ। ১৫নি নিংথৌকাবদা পোয়ম্নুগী সংক্রান্তি থৌএ। ২৫নি ইমশকৈশদা পুলিস-সেন্না লোংজমমচা তুপী ১ মেনা চাক্কুনা শিএ। থাকচিং থা লৈপাকপোকপদা হল্লে। ১৬নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেঙখি। ২০নি মোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ খুংলৈ। ২৩নি ঊরাইদা লেম্বপন্দগী ভোম্বু লৌথী ১ শংমু কৌথী ১ লাকএ। ২৫নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজদঃ লাইহিং লৌএ। কাইরেন থা শগোনসেন্না হল্লে। ১৩নি লৈপাকপোকপদা ময়াঙ্গুং মাইমগী মচা অঙৌম্বা শিএ। ১৫নি শগোনসেন্না কাইরেনগী সংক্রান্তি থৌএ। ১৯নি নিংথৌকাবদা হৈক্রুজম লৌবাইগী মতু হাংপা অতু কাশি তৌএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা পলভোন সিকাইগী য়ুম মৈ চাকপদা ভেলিগ্রাম য়োংলি ভংলি। লমতা থা থাঙজনা হল্লি ৫নি লৈপাকপোকপদা ভয়ুগী য়ুম মৈ চাকপদা লাই থাংবরেনগী শং ৩নে মীগী য়ুম ৩০নে শলোইদা থানা ভপা ৮০ চাকএ। ১৬নি থাঙজদা মন্ত্রিখোংনাং মথক্তা থৌদাম মচা লৈশাবী রজনি হবানা ভক্কুনা শিএ। ১৭নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ ইকোঙ্গা ভা চাবা লেঙএ। ২৮নি ইমশকৈশদা শলায় মচা মৈপাকপু মেজোম হাপই। থামেন চংপা ফৈজোম পি। থানি মোংমাইজিংদা কোম্বুংদা শাম্নু লমজেল ভাঙৈ। চৈথাওবীমা থোই। শগোনমু ভাঙৈ। থাইখুা মুবিদারগী শগোম্না থোই। শজিবু থা মিংথৌকাবনা হল্লি ৮নি মোংমাইজিংদা লোংজম গোপালশিং পণ্ডিৎ

শিএ। ৯নি নিংথৌকাবদা ককচিংদগী শ্রীযুৎনা খুৎলপ ৭ শাংবা কৈ ১ কাহ্নুনা কোহ্নলো পুখৎলকএ। ককচিং ফাদিনী কুম শক ১৮৫২—১৬নি নিংথৌকাবদা শজিবুগী পালোক ওই। ২২নি লংমাইচিংদা কিরামগৈদা থোকচোম মচা ৮ মপানা উ য়নবদা নক্নুনা শিএ। কালেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৬নি নোংমাইজিংদা থাংমান্দা লাইঙ্গম মচা। ঙাম্বনা ময়াম্বগী মচাহুগী তোইথি অসি কৈ থিবা চৎপদা মীনা কাপ্লে হাত্তুনা ভামবা চৎথিবদা নফুল তুরেন্দা শিহ্নুনা লৈরমএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা লমাংলোংদা সেকাম্মচা গোপালবু চিক হাওনা ভামা থিন্দুনা হাৎলে। ইঙা থা শগোনসেন্না হল্লে। ৩নি লৈপাকপোকপদা কোইজিংগী বান্দেবম মচা ১ হবাপাউনা ভক্কুনা শিএ। ৯নি শগোনসেন্দা মচাইবুংঙো শহনগী চৈজবোং পুইএ। ২০নি নিংথৌকাবদা ইঙাগী সংক্রান্তি থোএ। ইঙেন থা ঈয়াইনা হল্লে। ৬নি ইমশকৈশদা মুহারাই। থবান থা থাঙজনা হল্লে ২০নি নিংথৌকাবদা নং কাগোক থবা শিএ। লাংবন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১৪নি থাঙজদা হিয়াং হিরেন য়ানবগী অবাংলমদা অমাকচাম্বা হজবনচিংমা লাই থুকমবা চৎলে। ২৫নি শগোলসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি থোএ। অহু হুমিত্তা কমশোন্দা হিয়াং চিরেন য়াম্বা থুংলৈএ। থশি নিংথৌকাবদা মুহারাই। চেকী মোলান লাইশং য়ান্না কিৎলে। শ্রীগোবিন্দজু দোলায় অনৌবদা শঙজমএ। মেরা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। অহু হুমিত্তা ম্না শামু হজবগী মচা ম্না-ভাওবা শিএ। ১৬নি ইমশকৈশদা ককচিংদ লাই থোকএ হাম্বহুনা শ্রীযুৎ লেঙএ। ভনা লেঙথৎলকএ। মীনা ভাং ভৌবা ওইরমগনা মী ৩০ কায়কএ। ১৭নি থাঙজদা শিংজমৈ মশা শাৎপম লৈকাইদা শোরাইজম মচা নিপা ১ ঈশিংদা লাইনা লৌহ্নুনা শিএ। ২০নি নিংথৌকাবদা ক্যাম্বৈদা কংএ। হিয়াংগৈ থা ঈয়াইনা হল্লে। ৭নি শগোনসেন্দা রেজেন্ডেন্সমচা চাওবা শঙলাকপবু শ্রীযুৎনা পোইনা হাপ্পিহুনা থামেন চৎপ। কৈতোম পীএ। পোয়রু থা ঈয়াইনা হল্লে। ২২নি ঈয়াইদ[1] মচা ইবুংঙো অহনগী ইবেম্মা থোকচোম চরু মচা ইবুংঙো পোকএ। ২৩নি থাঙজদা ইবেম্মা মাইয়াম চরু মচা ইবুংঙো পোকএ। হাকচাং থা থাঙজনা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা লেঙএ। ৮নি নোংমাইজিংদো লেঙথৎলকএ। অহু হুমিত্তা কেজ্রি তুরেলসিং শিগাগী ঈ কেজ্রি পানেম শাটেবু শ্রীযুৎনা গোবিন্দগী হুয়োম

১। ঈয়াইদ অকেঁ হুটৈনজিং।

শগোনসেন্না নিংতৌনবম লৈকাইদা সেন্নাম মচা তুপী ১ ঈশিংদা শিএ। অহূ তুমিত্তা লোইকম মচা ১মু ঈশিংদা শিএ। থাদি থাঙজদা থাংমৈবন্দা তৌবাংবম মচা তুপী ১ ঈশিংদা শিএ। লাংবন থা লংমাইজিংমা হল্লে। ৭নি ঈরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি শগোনসেন্না শ্রীগোবিন্দগী রাজহৌশঙদা চাক পেমে কাইএ। শ্রীযুৎকু স্মাজুহনশু য়েংএ। ১৩নি ঈরাইদা পাঙন কাইবা তাবনা কৈথাগী শনলাবা ২ চিক হাওদা হাংতুনা পিজরমএ। মপুনা কংলে। ১৫নি থাঙজদা থা শানা কংএ। ২১নি ঈরাইদা শ্রীযুৎনা য়োকপা থাবিশা শিএ। সৈত্তাসি ধর্ম্ম কংহনখি। অস্থিশু লৌএ। শ্রাদ্ধ কর্ম্ম হৌজবী তুনা তৌএ। মেরা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৭নি লংমাইজিংদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি শগোনসেন্না[1] মচা ইবেম্মা অহুম তরকান্না শিএ। হোপ ৪৬ কাপএ। ১৯নি ঈরাইদা কমশোন্দগী হিয়াং হিরেন য়া কোয়ুংদা থুংলৈএ। হিয়াংৈ থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। অহূ তুমিত্তা শারু য়াইশা ফুনকুমার শিএ। তাইমজমনা কিরা পুইএ পোয়রহু থা শগোনসেন্না হল্লে। ৮নি শগোনসেন্না পোয়রহুগী সংক্রান্তি হৌএ। অহূ তুমিত্তা সিনাম মচা চাওবনা তুপী ২ থাংমা য়ান্দুনা হাংলে। দোলাইপাবা ১মু থাংমা শোকএ। শিদে। অহূ তুমিত্তা লোয়েম্বম লৌবাইদা শৌগ্রাকপম মচা ২না কাইথোক অঙাং ৩ পোকএ। ওন্না শিএ অহূ তুমিত্তা শ্রীযুৎ থরুংপাত্তা শিকার লেঙএ। থাদি শগোনসেন্না শগোন য়াইশা শিএ। গিরা থাংখদি শগোমবন্না লৈবা শগোনশেমখা মেথো বৌখৎপদা মশা লৈতহনা মচা মনাও থুরাইদা লৈবা তোমাপশক কৌথৎতুনা গিন্না পুহল্লে। বাকচিং থা ঈরাইনা হল্লে। ৭নি ঈরাইদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি ঈরাইদা অমুক পুং ৭ তাবদা শ্রীযুৎনে এয়াঙুং অহল্লে তিরিপ দরবার লেঙএ। অহূ তুমিত্তা হিয়াং-থাংদা থকৌ তেন তাহনা শম ১ শিএ। কাইরেন থা নোংমাইজিংমা হল্লে। ৬নি ঈরাইদা মোইরাং থাবন পণ্ডিৎ অচৌববু লৈপাক চাবা পালাগী ইথৈহনবা হাপই। ৭নি নোংমাইজিংদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি ঈরাইদা মোইরাং পণ্ডিৎ অচৌবা খোইবুদা মধুথৌ পাখংবা পুজা তৌবা চংলে। থাদিন নিংথৌকাবদা হলকএ। ২১নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজনে হুটো সাহেপনে ২মক্না ঈথম মোমথৌদা লাইগী লম য়েংউ চায়হনা মোইরাং পণ্ডিৎ অচৌবা চংলি। ২৩নি নিংথৌকাবদা হলকএ। ২৭নি ঈরাইদা শ্রীগোবিন্দগী মন্দির নিংথাইহনা মথা থবা পৈথোক্তা লেংশিল্লে। ১৮ নি থাঙজদা তাসেপ্পমচা

১। তাং ২১। ১৩। ১৯৩১ ইং।

ইবুংঙোহন্না খোৱাব্দা মাখী হুকাব্দা চৎপদা হুকাম মখুদো মাখু হাৎলম্লগা রুপা ১৫০ যুনখি। থাজিন মোং হুমশকৈশদা থা শানা ফংএ। ১৮নি থাংজদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা থাওজদা হয়ে। ৯নি থাওজদা শ্রীযুৎ শিলোংবগী থুংলে। ১১নি মিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেংখিএ। ১৯নি লৈ-শাকপোকপদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙৈ থা মোংমাইহিজিংবা হয়ে। ১৯মি শগোনশেন্দা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি মিংথৌকাবদা ঊশিং থাজনা কোকপিয়্ হায়রুনা লৈপাক পুম্নমক দরখাস্ত থাইএ। সাহেবনা য়াবরুনা লৈপাকী মকোক ওইবা মহোম ইবুংঙো লাকপা, তোম্বীরৈয়া, ছুবোমগা, মেরাম বাবা মখোয় ৪খু হাজোংতা পীএ। ২৫মি হুমশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজনে মনাসিওবে থুংলৈএ। থাংশি মিংথৌকাবদা জেন থাও তুমকমগী কাদোক মী ১৩ চেনখিএ। পোয়রহূ থা লৈপাকপোকপদা হয়ে। ৩মি হুমশকৈশদা ঊশিং থাজনা রুপা ২॥০ থিরস্বদগী ১॥০ থিন্নু হায়না শ্রীযুৎ জা স্রাথং হায়দোকএ। থাজনা থিদবগী হাজোংতা থম্বা মী ৪ অহুম থাদোকএ। ১০মি হুমশকৈশদা লোয়াইশম মাইবী কৌবা রুপা ১ কযোদগী থোরকপদা মহুম য়েক্তিহৈ থাইথৌ থোংবা লোইদা শিরমহুনা থামদা পুথৎলকএ। সেবা মরুপ পোৎলোইখি। ১৫মি মিংথৌকাবদা মহারাজ ইবুংঙো সেনাপতি কলিকতাদা চৎখি। ১৮মি ঊবাইবা পোয়রহূগী সংক্রান্তি হৌএ। থাকচিং থা হুমশকৈশনা হয়ে। ১৬নি শগোমসেন্না শ্রীযুৎ মহারাজ কলিকতাদা লেঙখি। ১৮নি থাওজদা থাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি মিংথৌকাবদা শামুরৌবা লৈবা হৈমাম নিপা ১মু অহিংদা হয়ানবনা মতৈ মনাও থাংনা য়াল্লমহুনা পুথৎলকএ। ২২নি হুমশকৈশদ: কৈরক্তা পাওনগী হুমদা হয়ানবনা মপুং থাংমা য়াক্তমহুনা পুথৎলকএ। হয়ানবা ৫মু ফারকএ। হুম অতৈমু থুট য়াম্না ভৌঐ। লৈকাই পুম্নমক মী থানহুনা অহিংদা মোং চৎলে। ২৫নি থাওজদা মোইরাংথেম কৈথেল্দা হয়ানবা ফারকপা শোরোকথাইবম্ ইবোতোন ঠৈ ১০ মক হুরপা কাদোক্তা পিখি। ২৬নি লংমাইহিজিংদা কাংজম তোম্বীসিং হবাগাড়ীমা ভক্তুনা পিএ। ২৭নি মিংথৌকাবদা থৌনাওজম ঙাজাও ৩বানব, ফারকপা মোইরাংথেম কৈথেল্দ: ঠৈ ১০ মক হুহনা কাদোক্তা পীএ। কাইরেন থা শগোমসেনা হয়ে। ৫মি মিংথৌকাবদা পুলিসলেন কৈথেল হোংহুনা কাবা হৌএ। ৭নি হুমশকৈশদা কেপতেন হারবী সাহেব চঙখি। টুবার্ড সাহেবনা মহুৎ শিনহৌএ। হাকিম উপেন বাবু মকক

লোথোকখিএ। সেতুম্বাবু মাপী মহুৎ হাপএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি থাঙজম মম মুং অহন সেনাপতি শিলোংদগী থুংলে। লমথা থা থাঙজনা হল্লে। ৪নি লৈপাকপোকপদা নংখোল লাইতোমজমদা লৈথা চেনগুমম থিংডোন অমুইবু কথোবাবচিংদা লৈথা নাচৈংয়াকপম বকুমা থাংনা ম্রাম্বুনা হাংলে। অদু হুনিপা লুং ভৌবা পাঙম পোদোমচিংবা মী ৫ কাবকএ। ৫নি খুমনকৈশদা লেপালম্বিদা কৈবা খুল্লাকপম বাইংগী মুক মৈ চাকএ। ৬নি শগোলসেন্দা নাওরেম কাইবোক থোংদা মুম্রামগী ইমুংদা অহিং লুং ভৌএ। মপুবু মকোক থুগাইরমলগা মপোৎ মচৈ লোইনা পুখি। ১০নি নিংথৌকাবদা হিগিন্স বম সাহেপ চংখি। ভিমঙম বয়সংহেপনা পিখি। ১৯নি খুমনকৈশদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থা লিংথৌ-কাবনা হল্লে। ১২নি ইরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজ, মচা ইবেম্মশিংগা লোয়মনা শিলোংদগী থুংলে। ১৮নি শগোলসেন্দা বিষু সংক্রান্তি ওইএ। অহো কুমগী কুম শক ১৮৫৫—১১নি ঈরাইদা শজিবুগী শাকোক ৩ইএ। ১৭নি ঈরাইদা শ্রীযুৎনা পণ্ডিৎ অচৌবা কৌশিকপুন। ইচা অমাবা কয়ে হায়তুনা ম্মা হাথং ভাকপি। ২৯নি নোংমাইজিংদা কোড্রং দরবার ৯৬ ময়াদ মী মকোক লালু চোমাই ১ লৈরমএ। কালেন থা লৈপাকপোকপনা চল্লে। ২নি খুমনকৈশদা শ্রীযুৎকা সাহেপকা দরবার তৌএ। মচা ইবুংতো মাইমহু থুংলৈএ। ৪মি ঈরাইদা শ্রীযুৎ কোকচাইদা শিকার লেপ্তে। ভরা হল্লকএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা মচা ইবুংতো থুংলৈএ। ৮মি খুমনকৈশদা চিংডা-মথাদা মচা ইবেম্মা মাইশ্নাম ওংবী চমুম্নাগী লিলা শায়বু মচা ইবুংতো অহল্লা হৃদি হায়না হংগৎলে। মহারাজনা সিকাই ৫০ পুহনা কুমলকএ। চমুম্নাগীদা শামহৌ। ১৩নি নিংথৌকাবদা খুল্লাকপম মচা ১ন' খুগী ১ হাংলি। ১৬নি খুমনকৈশদা শ্রীযুৎনা মচা ইবেম্মা তোম্বী মাইমগীদমক বাংব্রেন্দা ইরোই অতৌবা অমা কংলি। শ্রীযুৎনচিংবা মচা ইবুংতো ইবেম্মশিংনে পণ্ডিৎ অচৌবগা কংলি। ১৮নি ঈরাইদা শামুশংদা শ্রীযুৎ জগোই হেংবা চংলি। ২১মি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩মি খুমনকৈশদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা থাংজিং হরাওবা লেপ্তএ। পণ্ডিৎ অচৌবনা ২মাংলৈদা তৌমহুম্মা পাথং লৈশাবী রাওনা লাইমাংদা জগোই শাহল্লি। পণ্ডিৎ অচৌবনা লুপা থাই। ইঙা থা শগোলসেনা হল্লে। ২৩নিঁ শগোলসেন্দা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থা থাঙজনা হল্লে। ৭নি ঈরাইদা অহিং মোইরাইদা ভাওবুংথোক্তা

খোঙাম্দা মালোমদগী থৈরাম চাওবনা শন হুয়মহুনা খোঙাম মচা তোম্বনাচিংবা খুৎ পুম্নমক চঙহনা মকোক থুগাই মথুৎ থুনেকই। শিদি শিরে। ২৫নি নিংথৌকাবদা ইপুথৌগী সংক্রান্তি হৌরে। খবান থা লংমাইচিংমা হল্লে। থাবেন্নমচা শাজৌ পোইলাম্ব শ্রীযুৎনা মেঙ্গ হাপ্পি। ৭নি ঈঙাইদা থালোমদগী থৈরামচা চাওবা শন হুয়ানবু চহি ১ কাদোক্তা শীরে, চৈ ১০ হুইরে। ১৯নি থুমশাকৈশদা তাওবুংখোক্তা লোংজম মচা হুপী কুন্থালা ঊশিদা শিরে। ২৬নি শগোনসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি হৌরে। লাংবন থা লৈপাকপোকপদা হল্লে। ৩নি শগোনসেন্দা মহারাজগী সা খুমেৎ হিঙ্গি মচিং থোক্লি। অবাং কাংলৌ লাইমকোন্দগী শম্ব খোঙনা চংনা ইন্দ্রানকপা মেদিংগু ভুবী ইশম থৌবা সা খোঙনেং হি পামেল্বী হশম চাইবা থাকথৈ খমলাং পামশাবা কোলোই যিংবু চুনৈরে। ১৫নি নিংথৌকাবদা মবুধৌ পাখংবা সা কোমুংগো লাই হুরাওবা কমদৌ ৮৪মগা লোয়নবা হল্লেই। ১৯নি ঈঙাই অমুক পুং ৭ তাবদা মচেম শিঙ্গ খুরাইলৈমা শিরে। শেন চাইরে। তোপ যাম্মা কাপরে। ২৩নি লৈপাকপোকপদা অস্থি লৌৎপদা মহারাজনা শাম্ব তোংহনা অস্থি পুই। লুপা যাম্মা চাইরে। তোপ যাম্মা কাপরে। ১মুং শ্রীযুৎমা অস্থি ভঙ্গা পুন্দুনা শ্রীগোবিন্দজী য়েংঙৈনবা কোয়হনা থুকমরে। ২৪নি থুমশাকৈশদা মবুধৌ পাখংবা মপান কাঙ্কৈবুংদা লম খোক্তুনা হুরাওরে। হল্লকলগা লাইমাংদা পাকন চংপা মুপী পুম্নমক শ্রীযুৎ মহারাজনা ইরকি ১।১ য়েক্লি। থাইবি পুম্নমকসু ইরকি ১।১ য়েক্লি। ২৫নি লগে লসেন্দা লাই হুরাওবা লোই। কৈরুংবম মোইরাংথেম অঙাংলে লাইকম কৈরুংবহন হাপরে। থাংথেম চাওবা থাকম কৈরুংবহন হাপরে। লৈশাংথেম কোইরেংবু ইরাং লাংবা হাপরে। খুৎথৈবা অঙাংমচা লাংকম কৈরুংবা লাংহা হাপরে। নাম্বম খোংজেম অহল্লুপ পানা শেল্লুংহনবু থাথেন চল্লা থৈজোম। লমথাং খুমলং মেশোম মুখিং অচোনবা সা থুজি শীরে। ২৮নি লংমাইচিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌরে। মেরা থা থুমশাকৈশমা হল্লে। অহু হুমিঙ্গা মচেমশিঙ্গা অতোম ওংবী খুরাই লৈমগী শোয়াং শোক্লি। মচামিপা অংল লমেশ্র মচা শোকরে। শ্রীযুৎ মহারাজ সা রাখং ব্রজ লভাদা থুমথাংবা শোয়াং শোমবসি যাখবা হংবদা ব্রজসভাদা পোকপগা অশিবগা শিবনা কন্নি হারহনা হংগংলি। শ্রীযুৎ মহারাজনা ব্রাহ্মণ লথোয়গী শরুক ওইম্ব হারহনা শোয়াং শোক্লি। ৩নি ঈঙাইদা হি লুংলাও তাবে। ইমুদা থবাক ইবুংগো সোইকম বীরচন্দ্রনা

তোংঙে। অহানবনা থোই। ইঙেন্দা মনাক ইবুংঙো মাইথাম কাহাইনা তোংএ। অকোয়বদা থোইএ। ৪নি থাংজদা লাইকম থাকম তাখি। লাইকমদা শারংবমচা ইবুংঙোমচা শংলেন লাকপমা থো'এ। ২মক থোই। থাকদদা অরেকপা চৈশং শেল্লুংবনা তোংএ। শগোল কাংচৈ শ'থ্রি। লাইবমা থোই। মুক্না শাইরি থাকয়া থাই। ৫নি থোংবাইজিংকা অহল্লুপ নাহারুপ তাখি। অহল্লুবা মোইরাংথেমচা অওাহল লাইকম কৈরুংবহনা তোংএ। ২মক থোই। নাহারুপা রাখেম চাওবা থাকম কৈরুংবহনা থো'এ। মুক্না অহল্লুপ থাই। কাংচৈ নাহারুপা থোই। ৬নি নিংথৌকাবদা হিদাক কামবা পোং-শংবা তাখি। হিদাক কানবদা মুংলেপম চাওবা রাগী লিবনা তোংএ। পোংশংবদা পোংশংবো চাওবনা তোংএ। ২মক থোই। মুক্না বাত্রা পোংশংবনা থাইএ। কাংচৈ হিদাক কানবনা থোইএ। হিদাক কানবকু পোংশংবদা অহন্নি হায়রুনা হিদাক কানবগী কমকমদা পোংশংবনা থমলবদা মা। মাঙদা অঙম অথৌ পুরানা বিচার ওমজবদা শ্রীযুৎ মা রাথং পণ্ডিৎ লোইশঙ কৌশিক্লুনা হিদাক কানবনা হন্নি পোংশংবনা মাহানি হংগংজি। মা রাথং পণ্ডিৎনা হায়রকপি লোইরে হায়রুনা হিদাক কানবনা অহন ওইখি। শ্রীযুৎনা থোনবা কিজেংতি লুনাওদা কোয়েং কিশাং অচৌবা মনা থাদৈএ। কৈজোমনা ওলায় মচু অওাংবা ফুরিংনা রেশোম ফুরিং শাইজোনবা থোরে। লাইকম থাকমদা কোকথোন শমজিন লোইরে। ফুরিংমা রেশোম ফুরিং শাইশকপা কোলোন খিনবা থাংজংনা শাপু থোক্লি। অহল্লুপ নাহারুপ ২মক্তা কোকথোন শমজিন লোইরে। রেশাম ফুরিং শাইশকপা কোলোন খিনবা থাংজেংনা ওলায়মচু অওাংবা থোরে। হিদাক কানবা পোংশংবদা কোকথোন কিশাং অচৌবা এমা থাদবা থাংজেং অঙৌবা ফুরিং চৈয়েংন মচু অচোনবা থোক্লি। ৯নি শগোলসেন্দ কাকশওদা মৈথাম চাওবদা থামেন চক্লা লমথাং থুক্লাং পীএ। শরোংথাহবা চৈশং হিদাংদা থামেন চক্লা পীএ। লাইরোম থবৌ হিদাংদা লমথাং থুক্লাং পীএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা অহুক পুং ৮ তাবদা শ্রীযুৎমহিবা মমাংসঙ মচা ইবেমশিংগা লোয়ননা মচেম শিক থুনাই চৈমগী অহি পুহনা বৃন্দাবনদা লেংখি। মহারাজগী চার্জদি মমাংচৈদা পুখবা লোংমাইথেম তোয়চৌ শেল্লুংবা থেমজোয়না পুহোৱ। ২১নি নিংথৌ-কাবদা মমাঙুং অহন মচা ইবেমশিংগা লোয়ননা বৃন্দাবনদা লেংথিএ। ২৩নি শগোলসেন্দা থকী জেদ তাহনা উ মুরাও ১ শোবএ। হিরাচৈ থা থৈবাইনা

লৈবমহুনা মা পূজা লাইরিক পিন্দিল্লি। ২১নি মোংমাইজিংদা মহারাজনা মলাই হাওগা সাহেপকী মন্যাই হাওগা মপান কাংজৈবুংদা কাংজৈ শাদ্রে। মহারাজনা হাওগা থোই। সাহেপকী হাও ১ মকোক কায়। ২৩নি লৈপাকপোকপদা শ্রীমল্লাবুং থুংলৈ। ২৮নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎনা চাইরেন সাকপনী কৈ ১ কায়। ২৯নি ইরাইদা[1] থিও সংক্রান্তি ওই। অহো তৌবনী কুম শক ১৮৫৬—মোঙ্গো পামবা থাঙজদা শজিবুনী পাংলোক ওই। হুলোম থম্বৌসিং শান্ন্ ফিবংদা শ্রীযুৎ মহারাজনা থাবেন চল্লা কৈজোম লম্বাং ফুংলং মমা পীএ। পুরনবমচা থম্বৌ শাকাংহনবগী পীএ। ৩নি নিংথৌকাবদা[2] শ্রীযুৎ মহারাজ মা যাথং নিংথৌমচানা উমংলাইগী লাইকোল্দা চংবা মাঙ্গা হংবদা পঙ্‌ফংলিংমা পুবাম চেংবদা নিংথৌমচানা উমংলাই চংবা যাদে চংলম্বা লোঙ্গখদি মতিক থোকপা মতি তৌএ হায়না হলংলে। ৫নি ইরুপকৈশদা অরাম্বমচা চবাতোমচায় পুইরেরোম্বা থোংনাং মথোংদা হাঙমচা ১মা তান্থ তৌহুনা কাহনা পুমকছু- শ্রীযুৎ মা মাংদা থৈহুনা হাংকোরা চন্দুনা মতি থমএ। ৭নি থাঙজদা মচাতদুংতো অহল বুধচন্দ্র শ্রীযুৎনা গুরু মান তৌএ, উমংলাইদা চংলমএ হায়রছনা। ৮নি মোংমাইজিংদা ঙাংবুংথোকপী মণিংগী লোংথোংদা চিংতাখমচা ১ শিহুনা লৈরমএ। ১১নি মুমশকৈশদা[3] মচা ইবুংতো অহনবু ইঞ্জিনিয়ার সাহেপকী ১থ থাবা থাজালাদা লৈহল্লে। ১২নি শগোলসেন্দা ইবেম্মা অপান্বী অহন মল্লাবুং অহনগী শজাইদা লৈহনখিএ। ২০নি ইরাইদা[4] মথৌ ইবেম্মা মচা ইবুংতো অহনগী লৈবমদা চংখিএ। অহু হুমিত্তা মচা ইবুংতো মা থোম্বা থুংলৈ। ২৩নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজদা বাংখরেন্দা কৈজোম থাবেন চল্লা কৈজোম কংলে। ২৫নি লৈপাকপোকপদা মচা ইবুংতো হাইবগা মাতোম্বগা অতাংলমদা শিকার চংলে। অমা হলকএ। ২৭নি শগোলসেন্দা[5] নিংথৌশেম্বগী বিচার চৈরাপ পুম্নমক সনা কোল্লংদা বিচার তৌএ। ২৯নি থাঙজদা নিংথৌথোংদা নিংথৌশেম্বগী লাইপাও চেল্লি হায়রছনা পুংকাই মাইবি শ্রীযুৎ মা থুংনা থৈএ। অহুপা লেন্দা থমএ। অরাওবা মীদি চিংলেন কৈকংবা মাজাওবা নিংথৌ অনৌবা মধু লাইশংবা মল্লি অমুবোং বড়পাত্র অসি কাওএ। অহু হুমিত্তা তথ্‌দা লাইথুকপা থুংলৈ।

১। তাং ১৩।৪।১৯৩৪ ইং। ২। তাং ১৬।৪।১৯৩৪ ইং।
৩। তাং ২৫।৪।১৯৩৪ ইং। ৪। তাং ৪।৫।১৯৩৪ ইং।
৫। তাং ১০।৫।১৯৩৪ ইং।

শ্রীযুৎতা লাইবাও তমই। লাইগী উচুংদা মচা ইবুংঙোনা মশা নুপা অহিংবা মী ৫মা চিংহনা কংদি হায়মা তমএ। শ্রীযুৎমা থানাগী মী থাহনা তগ্লুগী মী হিদং নাতাবাকপা শাইদেম য়াইমনচিংবা মীয়াম কাগৎলকএ। থাদি মোংমাইচজিংদা[1] পুংতাই মাইবী শ্রীযুৎনা তেন্দগী থাদোকপিখি। কালেন থাদি নিংথৌকাবদা হল্লে। অহ্ লুমিত্তা লোংজমচা গন্ধারসিংনে শারুং-বমচা মনুরথরুনে নিংথৌ শেম্বা য়াৎএ হায়দুনা বন্দি থমম্মে। বাৎলাজ লাজবাপুৎ পুরনবম ভোম্বানে মথোয় ২মুং নিংথৌ শেম্বা য়াওই হায়দুনা কাহনা বন্দি থমএ। ৬নি থাওজদা[2] ওক্লবেম, থংমবেম, মোইরাং থাংজিং, অয়াংলৈমা লাইকম ৪ অনিদা মচা ইবুংঙোহল চংলমই হায়দুনা লাইবা চত্ত্বনা শেংদোক্কহল্লি। ৮নি লৈপাকপোকপদা মেলা হৌএ। ১৭নি লৈপাকপোকপদা[3] মৈতৈ লাইবিক মঙ্গেক শাপা মমএ। ১৮নি ইমশকৈশদা[4] লৈপাকী অষ্টম অথৌ পুন্নমক তিন্দুনা শ্রীযুৎ মহারাজনা সভাপতি ওইদুনা ধর্ম্মগী অচাম থাইনা তাকপিএ। তোপ ২২রক বাপএ। ২৩নি লৈপাক-পোকপদা গৌরসিং খোংনাং মথোংদা থকী তেন তাহনা মোইরাংথেমচা ১ শিএ। লাইরেলমদা তখেল্লম মচা ১ কযুংদগী তাহনা শিএ। থাদি লৈপাকপোকপদা[5] শ্রীযুৎমা, নিংথৌথোংনা জিংথৌ শেমই হায়দুনা নিংথৌয়োল শক্তুমা থুন পিকহল্লি হায়দুনা ঔগৃ শকএ। ইতা থা ইমশকৈশদা হল্লে। ৮নি ইমশকৈশদা পুরম্বমচা গুলাপসিং শারংবমবা শিএ। ১২নি নোংমাইজিংদা নবুল ভুরেন্দ্রা খোইন্নাম মচা নিপা ১ ঔশিংদা শিএ। নোংতালপা কংএ। ২১নি নিংথৌকাবদা শানুশংদা শারংবমবগী থোরাং শ্রীযুৎনা শোল্লি। শ্রীযুৎমা পুং থোল্লে। ২৬নি থাওজদা[6] বীরচন্দ্র মেমতোম শিএ। ইতেল থাদি শগোনসেন্না হল্লে। ৯নি থাওজদা স্বাম্বা অহন্না বীরচন্দ্র স্বামী ইশৈ শকউই হায়দুনা শ্রীগোবিন্দগী লুক থিমবা তোকই। থেত্রিমযুম থোমদোন হুহোনধ্বু বীরচন্দ্রগীদা চংলুই হায়দুনা শ্রীযুৎনা উরিক লুগুন থংলে। ১২নি নিংথৌকাবদা শ্রীমতি মহারাণী শিংগাম য়াওই হায়দুনা শ্রীগোবিন্দগী লুক্ মাংথোকএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা[7] কোম্বুংদা লালগী হুইগ্গাম শক্তি তৌএ। নিংথৌ

১। তাং ১৩।৫।১৯৩৪ ইং।
২। তাং ১৯।৫।১৯৩৪ ইং।
৩। তাং ২৯।৫।১৯৩৪ ইং।
৪। তাং ৩০।৫।১৯৩৪ ইংদা মহাদেবা কথম।
৫। তাং ২৯।৬।১৯৩৪ ইং।
৬। তাং ৭।৭।১৯৩৪ ইং।
৭। তাং ২৪।৭।১৯৩৪ ইং।

শাটৈই কৌখংলে। ১৪নি ইঙ্গলৈশদা গারোংনা কাং শাদি শারোই হায়ন্না স্নাথা অহল্লা হায়ক হায়হুনা শ্রীযুৎনা গারোং মেলোয় কুমলো হায়দুনা কুমরে। ২০দি লৈপাকপোকপদা ময়াম্বুং অহনবী লুক থিরে অহু হমিন্তা পেত্রিপোংশোনহু শ্রীযুৎ মহারাজমা লিক লুন্তন পীএ। লোথং পিরে। ২৩নি নিংথৌকাবদা বাহোম সভা কৌখংলে। থবাম থাদি থাঙজমা হলে। ২নি লোংমাইজিংদা[1] মচা ইবুংঙো অহল বুধচন্দ্র কাম্পিদা থাজিনখি। মমা ইবেম্মা অপাম্বী অহনবু লৌখংলে। মা কোম্বংদা চৎএ। মচা ইবুংঙো অহল ওকমানা লৌখংলে। ৮নি থাঙজদা থবামগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা মমৌ ইবেম্মা মচা ইবুংঙোহনগী মনাক্তা চৎখিএ। অমুগী অহিংদা মুহাম লৈকাইদগী মাইহংচা শাম্বু শিংজৈদা মীমা হাংখরএ। মথবাইদি লৈরমএ দাক্ত য়ৌরগা শিএ। লাংবন থা লোংমাইজিংনা হরে। ৯নি নিংথৌকাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৯নি লংমাইজিংদা থংদোক চেনথিবনা লমাংদোংদা খোইজুমাল্দা লৈবা থিকাম মোলোয় মতুং থাংন শান্দুনা হাংলে। থুন চৎহুনা কাই। মেরা থাদি লৈপাকপোকপনা হলে। অহু হমিন্তা পণ্ডিত অচৌবগীদা থম্বা লোংমৈহিদাক পো লৈথোক্নুনা পিপা ২২ হখিএ। হুমিং অহুদা মা শদাইদগী কোল লিকচিংবা হখি। সিকাই ওমোমলে, খুম্মোংবম অঙাহমলে মথোয় ২না হুমহুনা কাহনা হাজোকপা থমএ। ১০নি শগোনসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিন্তা কাবশংদা শাম্বু থেদা চৎপা মতুংশিং পুরমক শ্রীযুৎনা থামেনচৎপা কৈজোম পীএ। ১৩নি থাঙজদা চৌংদা লৈবা হাও, ভমদা লৈবা হাওশিং মা কোম্বংদা কাবকএ। ১৪নি লোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ মা মাংদা শেনবুংনচিংবা পামবোম-শিংবোম কংলে। কুমৈ তৌএ, হাও চোংএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা[2] লুপাক্কী লুখম ১মে সিজাম ১মে কংলে। কুমৈ তৌএ। হাও চোংএ। অহু হুমিন্তা শ্রীযুৎ মহারাজগী স্কুল হোংএ। মহারাজনা স্কুল মচাবু চাক পিরে। ইশৈ শকুনা কুমৈ তৌএ। হিয়াঙৈ থাদি শগোনসেনা[3] হরে। ৮নি শগোনসেন্দা সনা কোম্বংদা শ্রীযুৎকে মচা ইবেম্মা বাজোনিয়ামে মরাম্বুং মচানে চৌখি কমহুনা সাহেপকা ভসপের মমএ, মখা লোইরগা অমদা মী অহু লৈ চাকএ। ১১নি থাঙজদা শগোত্থম তেকা বৈথেম্মা খুরাইজম থিংজোল মৌ

১। তাং ১২। ৮। ১৯৩৪ ইং।    ২। তাং ২২। ১০। ১৯৩৪ ইং।
৩। তাং ৮। ১১। ১৯৩৪ ইং।

১ থৌনি যাম্লুনা শিএ। পোয়স্থ থা ঈরাইদা হন্নে। থাকল্লি থা লোংথাইজিংদা[1] হন্নে। অদু মতমদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা লেংএ। থাজদা নিংথৌ মেয়ই হায়রুনা মুয়ামহইজোয় মুমলেম্বচা পেমুংখমে শগোলথন মহি নৈকাইদা নৈবা মহিময়ুম ঙাক্তাওবনে থাজদগী থোবা হঞ্জবনে মাখোগ মুমশারবমে অশিবচিংবা মীয়োম কান্দনা হনবা হাপ্লুনা পুথকএ। ১৩নি শগোলসেন্দা[2] শ্রীযুৎনচিংবা যমাশিঙ মচা ইবেম্বশিং মচা ইবুংতোশিং শ্রীবৃন্দাবোন্দা লেংখি। অদু মতমদা মা খোগদ চংপা হোদাম লেথোরদিং, হাওবম গৌরবিধু, কোইরেং মখোয় ৩মা হবাগাডীনা তঙ্কুনা লমথাংদা হোদাম লেথোরদিং শিএ। ২দি মমুম ঙৌবদা শিএ। ১৫নি থাঙজদা থা শাথা কংএ। ২১নি থাঙজদা শ্রীমতি মহারাণী শ্রীনবদ্বীপ লেংখি। অদু মতমদা কোহ্ণোজম শাগৈগী অহল-লময় পুম্নমক শিথাদা মুমাংপাও তাঙ্কবগী থংলবদা পস্তিং অচৌংনা কোহ্ণোজম শুলাংকংনচিংবনা হায়বা চুমই, পিথা তাঙ্কবা কোহ্ণোজম কাকলেনচিংবনা লাখি। শাগৈ মীয়াম্না য়াত্রিলমথৈ য়াদথশিং অদি লাইগী থবক চংহনগদ্রু হায়না তাখি। অদু মতুংদা অমুক কাকলেনচিংবনা পুয়াম কাকনিও হায়হুনা মা চয়ন্দা তুরুমবদা পুরান্দা য়েংবদা মাখোয়না হায়বা নৈয়মলে কাকলেথোইনা চুথলে লাইগী থবক মথাংতৈগী মতমগী হয়াওকুংকমচিংবা পুম্না ছৌমিদৌ কাকলে নংনাচিংবা নংগী কাংলুপ ১দুং শুলামজাংশচিংবা শাগৈ মীয়াম নখোয় পুম্নমক পিবাদি তাকই, শাগৈ মখোয় পু ৩দি তাক্লগনো অম্বুয় তাকপিএ। কাইরেম থাদি লিংথোকাবনা হন্নে। ১৩নি থাঙজদা মচা ইবেম্বা য়াইমা থুংলে। ১৪নি লোংথাইজিংদা মচা ইবুংতো য়াইমা থুংলে। অদু মতমদা মেয়েম্বদগী থোইরোমচা অমুজাওদা লমশাংদগী হাও মিংতোল লৌকহুনা হাও শইখি। ২২নি লিংথোকাবদা[3] হাংজিংদা মধুমঙোলবু অহিংদা কুরুপ তৌহুনা হাংলমএ শত্রি তৌবা লিকাইদু থম্বা শোকএ। ২৭নি থাঙজদা লোংঙা কোইরেংদা হাওগী কৌ মৈতৈনা হয়মহুনা কাহুনা পুথংলকএ। লাইশিকয়েংবম নৈকাইদা লাইরিকয়েংবম থম্বৌ আমিনবু তাহুনা অহিংদা থাংনা হাঙমএ। লমতা থাদি ইমশকৈশদা হন্নে। ১২মি থাঙজদা থাজপুরিং শিএ। ২০নি লিংথোকাবদা[4] মনাও ইবেম্বশিং, মচা ইবেম্বশিং পুম্নমক শ্রীনবদ্বীপদা শ্রীযুৎ মহারাজনা হগোই য়াল

১। তাং ৩।১।১৮৭৫ ইং। ২। তাং ১৭।১।১৮৭৫ ইং।
৩। তাং ২৫।২।১৮৭৫ ইং। ৪। তাং ২৫।৩।১৮৭৫ ইং।

ইংগেম্বশিংনে নবদ্বীপতা থুংলৈ। ২৮নি ঈরাইদা কাংজমুদো মাইস্রামচা ১মা মচু ওাংবৈ হায়দুনা বাখোন ১ হাংলে। ইঙা থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ১৬নি লৈপাকপোকপদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি ইমশকৈনদা লাইশ্রম মচা ১না ওাক্তা অতৌবা ১ পুরকুনা কংলৈ, পুজা তৌই। ইঙেন থাদি লৈপাকপোকপনা হল্লি। ২নি ইমশকৈশদা খোরখালি মচা ২ শ্রীযুৎনা লাইনিং লোৗবিদুনা সেখোক ওই। ১৮নি শগোনসেন্দা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা থুরাটনা লাইশ্রম মচা ১ মবেমা থারাদা অমতুনা হাংলে। ১৬নি থাঙজদা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেঙএ। থবান থাদি ইকশকৈশনা হল্লে। ৭নি নিংথৌকাবদা ব্রজসভাগা হিজম ইঙাবোল্বা অশেং অমাংগী তৌনবদা ইরাবোতনা চুমথি। ২২নি শগোনসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ৩০নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈ। লাংবন থা ঈরাইনা হল্লে। ৯নি থাঙজদা খোবান্দা লাইশ্রম মচা ১মা থাংজম মচা ১বু থাংমা মান্দুনা হাংলে। ২৪নি নোংমাইজিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা থাঙজমা হল্লে। ২৫নি লৈপাকপোকপদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎনা লিলোং কৈথেল্দা কুমহৎনা যুগ থুম্বা মীশিংদা চেং যেনবী। ৬নি থাঙজদা শ্রীযুৎ নবদ্বীপ্তা কুত্তোম তৌবা লেঙখি। ১৫নি নিংথৌকাবদা থা শাম্বা কাএ। ২৫নি শগোলসেন্দা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। থাশি নিংথৌকাবদা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা কুত্তোম তৌএ। মণিপুর শ্রীগোবিন্দজীগী মাস্তোৎসব তৌএ। পোয়রু থা লৈপাক-পোকপনা হল্লে। ২৫নি ঈরাইদা পোয়রুগী সংক্রান্তি তৌএ। ৱাকচিং থা শগোনসেনা হল্লে। ৩নি থাঙজদা খেক্রুবা লৈবা কোলেংবম অমুবু লাই নোংপোক্কী লাইপম্বব হাপএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা নিংথৌজম ধনসিংহ মহুৎ চৈরাপকী অহল্লুপ শংত্ত শংলাকপা হাপএ। ফাইরেন থাদি থাঙজমা হল্লে। ২৫নি নিংথৌকাবদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ১২নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। মমা শিজন্নু থুংলৈ। ২৫নি যুমশকৈশদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি থাঙজদা বারুণী কাবদা কৈশাম মচা ১ শিএ। শজিবু থাদি যুমশকৈশনা হল্লে। ২৫নি ঈরাইদা বিত্ত সংক্রান্তি ওই। অস্রো চাওরা চৈথাবা কুম শক ১৮৬১—২৬নি থাঙজদা[1] শজিবুগী পালোক ওই। কালেন

1। তাং ১৫। ৪। ১৮৩৯ ইং।

শেষ'নি হায়দুনা শ্রীগোবিন্দজী মাতোম্বা নোংমাইথেম ভ্রামচন্দ্রে, অদুবুকপন অকোনে শ্রীযুৎ স্না য়াথং য়েংবদা নাইবোকপন ভর্গোন পণ্ডিৎনা খুৎ থাক্নে খুৎ তোন্নী হায়বদা মরাম য়েংনবদা বিচার লোইখিদে। লাইদি খুনগা শাগৈগদা পুখো হায়খি। ৫নি নোংমাইজিংদা থয়ামগী সংক্রান্তি চৌএ। ২১নি লৈপাকপোকপদা থোঙাম মোন্দুহদা পাখং ১গা চৈশাবী ১দা থিরিয়খএ। ২৯নি লৈপাকপোকপদা[1] অয়াংলোংমগী কুম্নক মরাম চমলাংদোংলোমদা পাইখি। লাংবন থা শগোনসেনা হল্লে। ৫নি নিংথৌখাবদা লাংবনগী সংক্রান্তি চৌএ। মেরা থা ঊরাইদা হল্লে। ৫নি লৈপাকপোকপদা মেরাগী সংক্রান্তি চৌএ। ১৪নি ঈরাইদ[২] শ্রীমতি মমাশিতা শিএ। তোপ ১০০ থক কাপএ। ৩০নি থাঙজদা লেঙ্গাদগী শগোনশেম লালানা লৌ থাউবদা- কৈ ১ শিংনা কাহুনা শ্রীযুৎতা বৎলৈ। ডিয়াইজ থাদি নোংমাইজিংনা হল্লে। ১১নি ইংশকৈশদা শ্রীযুৎ মমাশিজগী ফুন পুহুনা বৃন্দাবন লেঙএ। ২৯নি থাঙজদা[৩] থোঙাম মাথোপ হজরবু পণ্ডিৎ হাপএ। পোয়ম্ব থাদি নিংথৌ-খাবদা হল্লে। অহু হুমিস্তা খুমুকচম তোলচৌ মেজোংগী ফৌ ভরুবা কোম অহু হুপী মরাম চংহুদা কৌ মমল হেজংনা লৌহুনা লৈপাক থারে হায়রুবদা মচাগা মতুপনা মমল লৈবগী তৌজবু অথৌ লৈতে হায়বজুথা নৈগে ১ মুং থোন ফুক্কে তৌবদা তেলচৌ মেজোবনা তোকচরগে হায়জহুনা তোকলে। শ্রীচূড়াচান্দনা থোকলকপা লৌথংপিবা বেনাহজদগী লাকপা অহাং সেকমাইদা লৈবা অসাংবম মোমোন সিং, মচা জংগল সিং ১ লুরাং শলাই কাশ্যপ গোত্র অত্র। থন্দদগী লাকপা ভীম সিংগী ঈ অহাং শেকমাইদা লৈবা মাইস্নাম মাধানসিং লুরাং শলাই কাশ্যপ গোত্র। উভয়া থন্দদগী লাকপা মাইস্নাম মেরানা তোম্বী পাৰৈএ। লুরাং শলাই কাশ্যপ গোত্রনে, কদাংবদ্দা লৈএ। শুট সাহেব্ন্[৪] চেং থিংউ হায়হুনা গাড়িদগী চিংথহুনা কাবদা সাহেপনা নোংভাল্লগা থাম্নদোকে হায়হুনা নূপী ময়াম থেমজিল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদা[৫] হুপী মরাম চৌহুনা কৌ চেঙ চেঙপাকী গাড়ী পূরমক কাহুনা দরবার মমাংদা থমএ। লৈপাক হুংভাইনথা চেং থিংউ হায়হুনা শুট সাহেপ ১মুং

---

১। তাং ১২। ৯। ১৯৩৯ ইং। ২। তাং ২৭। ১০। ১৯৩৯ ইং।

৩। তাং ৯। ১২। ১৯৩৯ ইং।

৪। Mr. T.A. Sharpe, President, Manipur State Durbar.

৫। তাং ১২। ১২। ১৯৩৯ ইং।

মেমতোন খুদিংমক্তা চুপী ময়ামনা কাম্বনা হৌজিকমক হুকুম হায়দোকউ হায়বদা মেমতোনশিংদি মহৈ মহৈ চেনখ্রে। ডুটো সাহেব, কাম্বনা কোয়-শিনখ্রে। সাহেপনা হায়। নবদ্বীপ্তা লেংথিবা শ্রীযুৎ মহারাজ স্না রাথং মাওজমদি হুকুম হায়দোকপা ওমদে হায়রদুনা হৌজিকমক তারা তৌ হায়দুনা সাহেব, চুপী ময়ায়া কোয়শিল্লুনা দাকথরদা পুনশিনদি। সাহেপনা দাকথবদা চঙখ্রগা দবন বেংঙল খোংহুনা সিকাই মাংপাইরে, পলতোনগী সিকাই ময়াম লাকুনা চুপী ময়াম অদু ডামথাইরে। অদুনা সিকাইনা শংগিয়া থিল্লুনা চুপীগী ঈ লৈপাক্তা তাই। অশোকপা চুপীশিং অদু দাক্তোবদা থমএ। শ্রীযুৎস্বু নবদ্বীপ্তা লৈত্তে হায়দুনা ভিজিগ্রাম তৌবএ। অঁদুনা চুপী ময়ায়া তাদোত্তবু মহারাজ কৈতবা হৌনদে অমুক টেলিগ্রাম তৌ হায়দুনা হায়বদা মচা ইবুংতো রাইমা পর্যন্তনা হুসিদি থেংলে চয়েং তৌগে হায়দুনা খেমজিল্লি। ৩নি ইমশকৈশদা[1] শ্রীযুৎ স্না রাথং কোহিমাগী পলতোনগা মণিপুরগী পলতোমগা শিরগা অতৈদি থিংনো হায়দুনা স্না রাথং লাকএ। লৈবাকী ঘটনা অসি থাইনেমচা মোংঙাইসিংনা টেলিগ্রাম তৌখিবদা শ্রীযুৎমা বোড সাহেপকা, ডুট সাহেবকদা লৈবাকী ইমা ইবেমা নিংথা খুংনবা তৌ হায়দুনা টেলিগ্রাম লাকএ। চুপী ময়ায়া কৌ তরবা কোন থুগাইএ। ৪নি শগোনসেন্দা[2] চুপী ময়ামগা, বোড সাহেবকা, ইঞ্জিনিয়ার সাহেপকা চংদুনা মন্ত্রি খোং-াংগী ইঙিন থুগাইএ। চুপী ময়াম চংদুনা চেংপাক লৌবা মফম পূরমক চাইথাইএ। ৬নি থাংজদা[3] শ্রীযুৎ থুংলৈএ। নোংমা পাজবা নিংথৌকাবদগী ৭নি নোংমাইজিং কাওবা থাইরম্বম কৈথেল কাদে। ১৪নি নিংথৌকাবদা শ্রীগোবিন্দগী মালহৌকম মৈ চৌএ। চুমিদাং মানহৌবদা লৈরং পোকথাইদুনা পূজারী ১ লোকএ। ১৭নি শগোনসেন্দা[4] চুকাম্পা চেং পুথংলকপা গাড়ী ১৩ চুপীনা কাম্বনা স্না কোম্বংদ পুথংলবএ। ১৭নিদগী ২৫নি কাওবা কৈথেল মুংলে। ২৬নি ইরাইদা[5] কৈথেল কাইএ। থাশি লৈপাকপোকপদা চিকম ইরাথোং মেমতোনবু থামাগী জিকাইনা মমুমদগী কাইএ। মানা চুপী ময়াম ডাওহনি হাইদুনা তেল্লা থমই। বাকচি থা ইমশকৈশনা হন্নে। ৫নি নোংমাইজিংদা[6] পুলিস কৈথেল্লা এজা চুপী ময়াম

১। তাং ১৩।১২।১৯৩৯ ইং।   ২। তাং ১৫।১২।১৯৩৯ ইং।
৩। তাং ১৩।১২।১৯৩৯ ইং।   ৪। তাং ২৮।১২।১৯৩৯ ইং।
৫। তাং ৫।১।১৯৪০ ইং।   ৬। তাং ১৪।১।১৯৪০ ইং

১২শি পাথবা শগোলসেন্দা[1] ইরাবোৎকী বিচার লোইহুনা দরবারদা চহি ৩ কাদোক পীএ[2]। অহু হুমিত্তা হুকান কেপার কি চাইথাইহুনা হুন্দি মরাদা য়োলহল্লে বডসাহেপনচিংবা শিকাইনা ভাবপা ভমদহুনা শ্রীযুৎ মা খোৎলেৎহুনা ভাকএ। ১৩নি ঈরাইদা[3] অযুক পুং ১১ তাবদা হৈদ্রামচা গোপালনা শ্রীযুক্ত ময়াম্বুং দিকেন্দ্রজিৎনে, গুরুমযুম লালাখী শর্মানে ২হু থাংনা খন্নুনা লোংগাইএ। হৈদ্রামচা গোপালদি থাংথৈ লমজাও চেক্ত্নুনা দমা কোদ্ৎদা চেরক্তুনা ময়াম্না ভাবরক্তুনা নাথৈরাকপমচা পকমী জোমা- শারবা ময়াইবক্তা সংগিরা থিন্দুনা কাইএ। পকমীগী পাম্বোমদা থাংবা য়ামে, থবা শোকএ। গোপালদি জেলদা থমএ। ২০নি শগোলসেন্দা[4] শ্রীগুনোসিং পণ্ডিৎ অচৌবা স্নাগু মচাগী মচা লৌনবা য়াই হায়হুনা লাইরিক শিরহগীদমক পণ্ডিৎকী থবক তৌহল্লে। অহুপা গুরুঅরিবম লালাখী শর্মানা মিলমহুনা পণ্ডিৎ অচৌবদগী লাইরিক লৌই হায়হুনা খোথাং শোনবদা থেরা তৌহুনা লৈরিএ। লাইশ্রম পাকাম্বু ইহোকএ শ্রীযুৎ গম্ভিরসিং মহারাজ মা হাত্তক্তা শ্রীপেবম তোম্বসিংবু থাকচিংগৈদা থাংএ পে থারু য়াদবগী তোংব্রম তোলেনসিংবু দিলোং খো হোংবদা তন হান্না চাই হায়হুনা থাকচিংগৈদা থাইএ। তাওরেম চাওববু হৈ থবা অহাওবা লোত্তুনা থরগা হাওভবা অথাবা কংলি হায়হুনা থাকচিংগৈদা থাইএ। শ্রীযুৎ চন্দ্রকৃতি মহারাজ মা হাকথক্তা নামোইজম খোংশাংবা সিংমা তর্পোম চাক পিতবদা মী য়ান্না পিজে নিংথৌ শেমই হায়জিন্দুনা থাকচি কৈকমদা থাইএ। হায়রিবা মখোয়সিং অসি চানবা কৈ নত্তে, নিংথৌনা মা পুকনিংদা শাগহুনা তৌবনি মখোয় অসিগী থারা পেবম হিয়াংঙ্গাওসিং, তোংব্রম তোলেনসিং, তাওরেম চাওবসিং, নামোইজম কুমুদসিং মখোয় ৪ অসি শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ সি ই তুবী ঈশম থৌবা কে, সি, এস, আই. সি. বি, ই, মা হাকথক্তা কৈ তোকপিখিএ। শজিবু থাদি নিংথৌভাবদা[5] হল্লে। ১নি লৈপাকপোকপদা অহাং লেকমাইদগী

১। তাং ২১।৩।১৯৪০ ইং।

২। Judgement read. Accused ( H. Irabot ) is found guilty of delivering a seditious speech U.S I 24 A I.P.C and sentenced to 3 years S.I.—Vide M,S. Darbar cril can No. 4 of 1940.

৩। তাং ২২।৩।১৯৪০ ইং। ৪। তাং ২৮।৩।১৯৪০ ইং।

৫। তাং ৮।৪।১৯৪০ ইং।

মচানা মপাবু হাত্তুনা পুখৎলকএ। খুইরম্বন কৈথেলম্বু মী খবা কাইএ। ৫নি ঈরাইদা[1] গুমোসিং পণ্ডিৎ অচৌবনা পুরবা থবক অমু অমাকচম চাওবা পণ্ডিৎ মাইমদা পুহল্লে। অমু কুমিংতা তোনখোঙ্গী থিচাম তৌএ। লোইখিদে। ৬নি থাওজদা[2] বিত্ত সংক্রান্তি ওইএ। শ্রীলোইবম গোবিন্দ সিংহনা চৈথাবা কুম শক ১৮৬২ শজিবু থা ৭নি লোইমাইজিংদা পালোক ওই। অমু কুমিত্তা ওইনাংথম বিধুসিংনচিংবা মিপা ৪০ মাইথিবীসা তিরে হায়নবা মরি মুন্না থংজিবমখৈ তিন্নবা মাংলোই হাপচনা মা য়াবং তাকপি। ৯নি লৈপাকপোকপদা[3] অথাং খুকান ১৩ থৈনা চাকএ। ১৫নি মিংথৌকাবদা[4] চিংথমদগী হাত্ত লৈশাবী অমুবী কৌবী ১গা তুরেন অহনবী মচিন্দা লৈবা থাইদেম ইংখোমচাগা লৌন-লৈনগনি হায়রঙনা মা কোয়ুদো কারকুনা শ্রীমুংনা লাইমিং লৌবিহনা লুহোংখিএ। কালেন থাদি কুমশকৈশদা হল্লে। ৩দি ঈরাইদা কোয়ুংদা য়োং চঙএ। ৮নি কুমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থা ঈরাইনা হল্লে। ১০নি থাওজদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙেন থা থাওজনা হল্লে। ১৩নি কুমশকৈশদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থা লোইমাইজিংনা হল্লে। ১৫নি থাওজদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১৬নি লৈপাকপোকপদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙ্গৈ থাদি শগোলশেন্না হল্লে। ১৭নি মিংথৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। পোয়নু থা ঈরাইনা হল্লে। ১৭নি থাওজদা পোয়নুগী সংক্রান্তি হৌএ। য়াকচিং থা লোইমাইজিংনা হল্লে। ১৮নি লৈ-পাকপোকপদা য়াকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ফাইরেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১৭নি শগোলসেন্দা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা শগোলসেন্না হল্লে। ১৭নি থাওজদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থা ঈরাইনা হল্লে। ১৭নি লোইমাইজিংদা[5] বিত্ত সংক্রান্তি ওইএ। অথোকপম পূর্ণসিংগী কুম শক ১৮৬৩—১৮নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী পালোক ওই। ২৮নি শগোলসেন্দা শ্রীমদন মুহনগীমন্দিরগী লোংচুপ থংবা উখোংদগী ককচেংগা লোংপোক থংবগী উখোংদগী ককচেংগা লাইশঙদা লান শোকহনা ককচেং য়াম্না শি। লোংপোক্না চমএ। কালেন থাদি লোইমাইজিংনা হল্লে।

১। তাং ১২।৪।১৭৪০ ইং। ২। তাং ১৩।৪।১৭৪০ ইং।
৩। তাং ১৬।৪।১৭৪০ ইং। ৪। তাং ২২।৪।১৭৪০ ইং।
৫। তাং ১৩।৪।১৭৪১ ইং।

২নি মোংবাইজিংদা শ্রীযুৎ কমলমুহনসিংহনা লাইথুকখ্রে। ৫নি শগোলসেন্দা হুংখিল পুং ৫ তাকা মতমদা শজাইদা চেং ১ চন্নবা ফাই। অমু হুমিত্তা পুলিশ[1] সাহেব ১ থুংলে। ৬নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজগী মা লাখং শ্রীমণাকচন্দ্র চাওবসিং পণ্ডিৎ শ্রীথোতাম মায়েঙ্বামচাবা পণ্ডিৎ লোইশঙগী মী পুম্নমক মতুংদা কুমও হায়দুনা তারখোক্লে। শ্রীমাইবাকপাক তর্পতসিংবু শ্রীযুৎ মা লাখং কৌথয়্না পণ্ডিৎ লোইশঙ মং পু হায়দুনা পণ্ডিৎ হাপই। হিং যাই, লাইহিকনঙিবা পুম্নমক শিরেএ। মা কোজুংদা চংবা লোরেং অমু হুমিত্তা চৈশাংবাংদা লোই থাই। ৯নি নিংথৌকাবদা পুলিশকী থবক শাহেবনা লৌশিনখি। ১৭নি চৈপাকপোকপদা হ্যাচিংসুন চৈথেন্দ হুই ১মা হুমিদাংবাইদা লিপা ১ তুম্পী ৩ চিকএ। হুম্পী মশা বাই শান্নবী[2] ১ডি মাম্মা থিনা লোকএ। ২০নি শগোলসেন্দা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি যুমশকৈশদা থাংজোকপা চৈথা লাইঙ্গ্রম তোম্বী ইংখোলদা প্রসতোর যুজন ১৫৭ শলিগ্রাম ১৫৮ মচেৎ ৭ খো ১ চৈপাক তৌবদা চৈ ৫০ হুনা মা কোজুংদা পুখএ। ২৮নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজগী চহি ৫৬ তবগী শ্রীগোবিন্দজী মন্দপদা উৎসোব কৎলি। শ্রীমদ ভাগবত পাঠ তৌএ। নগর কীর্ত্তন তৌএ। ইথা খা চৈপাকপোকপদা হল্লে। অমু হুমিত্তা কংলা-তোংবীদা চৈথা লাওয়েন শিংজোল অমুরে, চিজাংবম থংবী লুখ্র খ অসি পাজল কুমিদউবিন ঘিরাদা ওংহুনা তাং তাখি। ২নি যুমশকৈশদা শ্রীমহারাজ শিলোংদা লেংখিএ। ৫নি থাংবদ শ্রীমতি মহারাণী শিলোংদা লেংখিএ। ৬নি নোংমাইজিংদা মৈথৈ পুলিশ ২৩৩ দগী ১৫৯ তোকহনখি। অতোকপা মীশিংবু মাগী মাগী হৌনবি লুপা পিখি। অমহুং গোবিন্দ সিকাইনা শত্রি তৌবা তোকএ। চৈরাপ শাংখোং পালানা তৌএ। মোং রাজা তাহনা ঈশিং রাজা চাওএ। মোইরাংথেম হাওগী মখা থংবা কায়হনা রাইস্কুল মশাং হুম রাজা থুনএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা মচা ইবুংতো অহনবা মচা ইবুংতো খেদাগা শিলোংদা চৎখি। অমু হুমিত্তা ইথাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২১নি নিংথৌকাবদা মচা ইবুংতো কামাতিংগা মচা টবেন্দ্র ২গা শিলোংদা চৎখি। ২৩নি চৈপাকপোকপদা আচার্য্য গুরু শিএ। ২৫নি শগোলসেন্দা মচা ইবুংতোহন বুধচন্দ্রনা নেপাল শিংথৌগী মচানুপী ঈবরী

1. Mr. E.E. Hughes-Hughes I.P. Superintendent of Police.
2. হুম্পী মশা রাইনংদবী—মীতোনবী হুপী।

কলিকতাদা লুহোংএ"। ইহা থা বুধশকৈশনা হল্লে। ২নি শগোনসেন্দা রথযাত্রা হুমিত্তা মচাইবুংঙো বুধচন্দ্রনে নেপাল নিংথৌ মচানুপীমে নেপাল লৈখাকী নিপা হুপী খয়গা লোইনমা পুংলৈ। ২৪নি শগোনসেন্দা ইভেনমী সংক্রান্তি হোঔএ। শরান থা ঈরাইনা হল্লে। অহ্ন হুমিত্তা মচা ইবুংঙো কমাণ্ডিং নবদ্বীপশী পুংলৈ। অহুগা শ্রীযুৎ স্না য়াথং থুয়াই কোংবা লাইরাব লৈকাইদা লৈথা ভংখল্লয় তোগ্নাসিং মেল্লোন্নবু পোৎশংবা পামাদশী লাইফম পানাদা ওনখি। ৪নি নিংথৌকাবদা মচা ইবেম্মা তোম্বী য়াইমগা মচা ইবুংঙো কামানিংগা নবদ্বীপ্তা চৎখি। ৬নি বুধশকৈশদা মচা ইবুংঙো কমাণ্ডেন থুংলৈ। ১১নি নিংথৌকাবদা মোইরাংথোম লৈপুং থুগাইবশী নাটেয়রাকপম ভর্গোন পণ্ডিৎনা পূজা তৌএ। ১৩নি বুধশকৈশদা মুংথিল পুং ৬ তাবদা সাং লৌবেশম লৌরাইদা লৈথা লাইখুরাম শালৌ কৌবা নিপা ১না শ্রীগোবিন্দশী মাঙোগ্তা থাবা শ্রীযুৎকী খুদাদা কাহ্ননা কমলমএ। অহ্ন হুমিংতা মহারাজশী কিরোই শুনা পিহ্ননা ঊশিন তৌখিএ। ১৬নি ঈরাইদা শ্রীমতি মহারাণীমে মচা ইবেম্মা অভোম্নানে নবদ্বীপ্তা লেংখি। অহ্ন হুমিত্তা কংলা শুরুদা শ্রীযুৎ মহারাজশী য়াইফনবশী দমক নাটেয়রাকপা ভর্গোন পণ্ডিৎনা পূজা তৌএ। ১৮নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ মহারাজশী য়াইফনবশীদমক ইনামুংদা নাটেয়রাকপা ভর্গোন পণ্ডিৎনা পূজা তৌএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা কোম্নুংশী স্না অকিস পুরৈরোম্বা থোংনাং-মথোংশী থাজালাদা হোঙএ লাংবন থাদি থাঙজনা হল্লে। ৫নি বুধশকৈশদা মচাইবুংঙো বুধচন্দ্রগা ১মুং মনাওইবেম্মগা নবদ্বীপ্তা লেংখি। ২০নি বুধশকৈশদা মচাইবুংঙো খেদাসানচিংবা মচাইবেমশিংসু নবদ্বীপ্তা লেংখি। ২১নি শগোনসেন্দা বুধচন্দ্রগা মনাও ইবেম্মগা থুংলৈ। ২২নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজনা চহি ৫০ পানবশী গোলতম জুবলি তৌএ। অহ্ন হুমিত্তা অমুক্তা হরিসংকীর্তন তৌএ। ভাগবত পাঠ তৌএ। লাইরবশিংদা চাক পিজৈ, হাও পাঙনসু পিজৈএ। হুংখিন্না পানা শগোল কাংজৈ শাটে। কাম্বা

On June 18th 1941, in Calcutta. His Highness's son Maharaj Kumar Bodh Chandra Singh was married to Sreemati Iswari Devi. eldest daughter of Prince Ramaraja of Ramnagar ( Champaram ) Mr. E.E. Hughes-Hughes I. P. Superitendent of Police

Administration Report of the Manipur Seate for 1940-41 Page 6 .

১।১ পীএ। খোং কাংজৈদ্ব শাট্রে। লুপা ১।১ পীএ। ছুমিদাং পুং ৭ তাবদা মেরাই কীর্তন চংলি। ২৪নি মিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজগী মজলগীদমক অমুক্তা ভাগবত পাঠ তৌএ। ছুংথিল ভল পিজে। ২৬নি কুমশকৈশদা মহাইবুংতো বুধচন্দ্রবে মমৌ ইবেম্মনে নবদ্বীপ্তা লেংথি। ২৭নি শগোলসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু ছুমিত্তা যোইবুংথোংবা, পেনা শকপা, মাপালানচিংবা মী ৫০ নবদ্বীপ্তা চংথি। মেরা থা নিংথৌকাবনা চল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদা পালা অপুম্বা থুংলৈ। ৭নি থাঙজদা ভগোমসিংগা যোইবাংথেম চন্দ্রসিংপা পালা পত্তিং থিমদোকএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা মহাইবুংতো খেদাম্নানচিংবা মী ৪০ নবদ্বীপ্তগী থুংলৈ। ১৩নি নিংথৌকাবদা মাইমোম থম্বৌসিং, মৈকাম অঙাংজাত ২বু পত্তিং লোইশংগী ইঙবা হাপএ। ১৮নি কুমশকৈশদা বামন স্বরূপথৌদা লাই স্নামছি লেংথি। অদু ছুমিংতা ছুরেন অহমবী পাওলদগী শললাবা অঙাংবা মচি অহুম পানবা মমিংন্দু ৩ পানবা অমা স্না কোম্বুংদা পুথংলকএ। ১৯নি শগোলসেন্দা খুমুকচম ইবুংতোহনবু শেলুংবা থিন্দোক্লগা মোংথোনকম হাপই মনাও দাওজিবু লুহাংনিংথৌ হাপই। মনাও মাইমবীবু মেজোর হাপই। মথোয় ওমা মমা ওমা পিথি। ২৮নি থাঙজদা মেরাগী সংক্রান্তি থোই। ছিম্নাজৈ থা লৈপাক-পোকপদা হল্লে। ১৭নি শগোমসেন্দগী[১] ছুংদাং পুং ৯ মিঃ ২০ দা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মনিপুরেশ্বর মহারাজ নৃপচূড়ামণি চুড়াচান্দসিংহ বাহাদুর কে, সি, এস, আই, সি, বি, ই, না লৈতেংবা স্বর্গতি ওই।

৭৬

## মহারাজ বোধচন্দ্রসিংহ

১৮দি ঔম্রাইগী অমুক পুং ১০ তাবদা নবদ্বীপ্তগী তেলি থুংলহুমা শ্রীযুৎ মহারাজ শিবগী লোংথৈ তেংপ ১৫ রক কাপএ। অদু ছুমিংতা মচা ইবুংতোহল বুধচন্দ্র সিংহবু নিংথৌ অভিষেক তৌএ।[২] ছুমিদাং পুং ১০ দা হকচাং ছুমই

১। আং ৩। ১১। ১৯৪১ ইং।

২। On September 13th 1941 His late Highness Sir Churachand Singh completed fifty years on the Gadi. When still only a child, he had been made ruler by the Government of India in 1891 and in 1895 he was sent to the Mayo College at Ajmer, later spending sometime with the Imperial Cadet Corps at Dehra Dun. On May

হায়বগী নোংমৈ বাপই। প্রজা পুন্নক লোয়ো চনঃ হেল্লি। অফিস কুল খুমিং ৫নি ছুটি ত্তৌই। ২৪নি শগোনসেন্না মচা ইবুংঙো প্রিয়ব্রতসিং, লোকেন্দ্রজিৎ, মাইপাকস্না, মমাসিজ শ্যামাদেবী, মশাও ইবেম্মা হাওবম নিংতোল চোংথাম নিংথোল অসিনচিংবা মনাই মশন থরগা মবক্ষীপ্তগী থুংলৈএ। অদু ছুমিত্তা মচাইবেম্মা তোম্বী মাইমন্থ শিলোংদগী থুংলৈ। ২৬নি থাওজদা মহারাণী ১মুং মচা ইবেম্মা অতোম্বা মনাই থরগা নবদ্বীপগী থুংলৈ। ২৮নি নিং-থৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ত্তৌএ। থাশি লৈপাকপোকপদা শ্রীমহারাজগী শোয়াং পালা ৮না মণিপুরদা অমুক্তা থোকখিজিবা হরিসংকীর্ত্তন ত্তৌএ। অধিবাস শকএ। নোংমৈ তোপ য়ায়া কাপএ। পোরম্ব থা য়ুমশকৈশনা হ্যায়। অদু ছুমিত্তা বাংথৈ য়োংলাক্লা লৈবী শ্রীযুৎ বুধচন্দ্রবু য়োকচবী অহুগী শোয়াং মহারাজনা কোম্বুংলা শোনবিখি। ৫নি নিংথৌকাবদা মণিপুরগী মাইকৈ ওাকপা লাই ৪ মক থুরুমএ। গুপ্ত বাংথবেম পুরুখদা তর্পোল পণ্ডিংখা চোংথাম তোম্বগা চংলে। শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মনাই থবগা লেওই। ইবোই অতোম্বা ১ মবুথৌ বাংবেম্মা বংলি। বাংবমেনগি ছুংথোং তর্পোল পণ্ডিংনা থিংই। শ্রীযুৎতি তম্না লেওথংলকই। অবাংদা কৌক্র পুরুখদা চন্দ্রসিং পণ্ডিংমা থুরুমই। মাথুদা ভুং ইনবদি অসেম তোম্না চংলি। মোইবাং থাংজিং পুকম্বদি মাইমোয় থস্বৌ হজনা, মোংমাইথেম তোম্বী চংলি। হৈডাং মায়জিং থুরুম্বদা মৈকাম অতাংজাও হজবগা নামৈরাকপম দিনচন্দ্রগা চংলি। লাইকম ৪ মক মাইবি হাওই। অদু ছুমিত্তা নোংমাইথেম কৈকাও

---

15th 1907 he took over from the Political Agent the Administration of the State, assisted by a Darbar consisting of one I. C. S. Officer as President and Six Manipuri Members. × × × ×

On the outbreak of war 1914 the Raja placed his services and the resources of his State at the Disposal of the King Emperor and in recognition of these services he was made a C B E. in 1917 and given the hereditary title of Maharaja. In 1934 he was made a K C S. I. In September 1939, His late Highness again placed the resources of his State at the king Emperor's disposal for the prosecution of the war, the Darbar, a year later voting Rs 85,000/-from the state funds as a gift to His Majesty's Government towards the purchase of air craft.

In September 1941, after a 50 year's reign His late Highness announced his intention to abdicate as he was suffering from

থুনি যাইবা মেজরবু থাম্বেনচৎপা কৈজোম মনা পীএ। ২৮নি লৈপাকপোকপদা পোয়রুগী সংক্রান্তি হৌএ। লাকচিং থা ঈরাইনা হুমে। ২০নি নুমশকৈশদা সিকাই ২০০০ মোম মণিপুরদা থুংলৈ। ২১নি শগোনসেন্দা সিকাই ২০০০ মোম থুংলৈএ। কাইরেন থা থাঙজনা হুমে। ৮নি থাঙজদা মহারাজ বুধচন্দ্র পুমলোন্দা শিকার লেঙএ। মহারাণী ঈশ্বরীমু থৌগল লেঙএ। অদু থুমিত্তা মদাও ইবুংগো প্রিয়ব্রত লান ট্রেনিং শিলোংদা লেঙখি। ১২নি শগোনসেন্দা কংলা তকংদা মহারাজ ১মুং প্রজাশিংগী মঙল ওইনবা মবুথৌ পাথংবা থুরেমএ। অদুদা থুরেম্বদি নাইমরাকপা তর্পোন পণ্ডিৎ থৌগল তৌবদি মৈকায় অঙাংজাও, নাইমরাকপা দিনচন্দ্র, হিজম থংলো শেলুংবা, নীলমণি, পাবুংসিং, সমধামসিং অসিমে। ১৬নি মিংথৌকাবদা মাইমোম থম্বৌ সিং ১মুং মৈকায় অঙাংজাও ২মবু পণ্ডিৎ লোইশঙগী হঞ্জবা হাপএ। ১৯নি শগোনসেন্দা খাই মখুল মপান্দা লৈবা শ্রীযুক্তম ইবুংহোহনবু শেলুংবা থিজোরগা নোংথোম্বং মু থিনদোকএ মনাও দাওজিবু লুরাং নিংথে হাপখি। মনাও রাইমবীবু মেজর হাওমা মচিনমমাউ ওমক মনা তুনা পিখি। ২০নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজগী শজাইদা ময়োং ১ চঙহুমা কারপা বাজোইদা লোই থাখি। থুমিং অদুদা হাওতাবীদা পাউম তক্নুনা লিপা ১ শি। ২৮নি ঈরাইদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা নিংথৌকাবনা হুমে। ২০নি থাঙজদা স্না কোয়ুংগী শন মচি ৩ পানবা শিএ। কর্ম্মনচিংবা তৌই। কোনথাইদি দিনচন্দ্র পণ্ডিৎনা হুনি। ২৮নি নোংমাইজিংদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। শজিবু থা লৈপাকপোকপনা হুমে। ৫নি নোংমাইজিংদা উট ১২ খচর ১০০ থুংলৈএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজগী ইচেম্মা অহল রামপ্যারী[১] কাশিদা শিরে হায়না পাও লাকই। ১৫নি নুমশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজবু

---

tuberculosis, but before this could be arranged he had died in Nabadwip in November 1941. He was succeeded by his eldest son, Maharaj Kumar Bodhchandra Singh.

Administration Report of Manipur State
for the year 1943-44 Page 7.

১। Ram Pyari Devi alias Tharendra Kishore Devi of Bodo Khemidi, married to H. H. on 5th July 1929 and died on 20th March 1942 at Benaras, no issue left.

নিংথৌ অভিষেক তৌএ। ভাইসরোইগী হুকুমদি হায়দুনা মণিপুর পোলিটিকেল এজেন্টনা থিন্নোকই। ইবেম্মা শ্রীমতি ঈশ্বরী দেবীবু মহারাণী থিন্নোকই। কিরাল পিরমই। ২৩নি থুমখৈবনা লালোনবগী চুপ ১মু পোৎলোল থিংই। চিংতাগীসু থিংই। ২৮নি নিংথৌকাবদা বিষু সংক্রান্তি ওইএ। তাইমজন মেমগী কুম শক ১৮৬৪—২৯নি লৈপাকপোকপদা শজিবুগী পালোক ওইএ। কালেন থা শগোলসেন্না হল্লে। চাক য়াম্না তাংই। কৌ শংবাই ১দা লুপা ২০ পীএ। ২৫নি নোংমাইজিংদা ইন্দালদা বোম তাই। মকমদি খুংখুংথৌদা ১ খোয়াথাংদা ১ পল্লোম্পা ১ ইচিনিংথবদা ১ মেথো-কোল্দা ১ থাংমৈবন্দা ১ চিংমৈবে দা ১ মন্ত্রি খোংনাংদা অশিনচিংবদা থাদৈএ। মী, শম, মুগী, অতাং, অচৎ অঙক, হবাগাড়ী অসিংচিংবা য়াম্না শোকএ। খুংথিল পু ৪ তাবদা শ্রীগোবিন্দ অহৈং ১ অবিসম অনৌ পুজারীগীদা লেংথেএ। কোয়ং মমংগী যেংইবু যোৎচৈ পুমনকপু য়াংএ। লোইশঙ পুমক চেল্লে। মণিপুরগী বুলাকায় সহরদা [illegible] পুম্নমক লান চেল্লে। ২৬নি নিংথৌকাবদা [illegible] লৈকাইদা অরিবম অনৌ [illegible] কালেনগী সংক্রান্তি তৌএ। ইত্তা থা শংতকনা হল্লে। [illegible] নোমা তাই। অয়ুক পু ১০। ১ তাবদানি মখলি [illegible] লৈকাইদা য়ুম য়াম্না চাকএ। মী য়াম্না শিএ। [illegible] মী থংথ লাক্লে। ২৮নি শগোলসেন্দা লোংজম গম্ভীরসিংবু কৈরংবা হাপই [illegible] খুজি লমথাং খুল্লং পীএ। খাংমন চংশ, কৈজোম পীএ। ইত্তাগী ১৮নি শগোলসেন্দা উচেকলোন্দগী শ্রীগোবিন্দ মা বোমুংগী মন্দিরদা লেংথরকএ। অমু মন্দিরগী লোইশঙ পুমমক লাপুগ চা নাইমা য়াবা তৌএ। কুম অমু পোৎ পুমমক য়াম্না তাংএ। শেম য়াম্না হোঙএ। পৈশাবালা মী ১দা লুপা ১। ২ লাএ। থা ১দা ।/০ ( অনা ) পীএ। থুম সের ১দা লুপা ৩ ঙেরসিং পোৎ ১দা লুপা ১ পীএ। থবান থা শগোলসেন্না হল্লে। ৬নি লৈপাক-পোকপদা থবানগী সংক্রান্তি তৌএ। লাংবন থা ইরাইনা হল্লে। ৮নি ইরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি তৌএ। মেরা থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ৩নি লৈপাকপোকপদা লোংজম গমধ্বজসিং কৈরংববু পাজি শঙলাকপা হাপএ। ৫নি থুমখৈবদা শ্রীনাথৈবাকপম ভর্গোম সিংবু পন্ডিৎ অচৌবা হাপএ। ৯নি নোংমাইজিংদা মেরাগী সংক্রান্তি তৌএ। হিয়াঙৈ থা নিংথৌকাবনা

৫মেরা থা শগোলসেন্না হল্লে। ৪নি মিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ দিল্লিদা লেংথি। ইবেম্মা শগাইদ্রু য়াওখি। ২০নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি থৌএ। হিয়াঙ্গৈ থা থাঙজমা হল্লে। ৯নি থাঙজদা শ্রীযুৎ লেংলকএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা যোম্না ভাই। মকর্ষদি কোইরেংপৈদা ১স্থং কর্কচিং লম্বীদা, মী য়াম্না শিএ। অদু মুমিত্তা মা কোম্বদো পজাব মিংথৌ লাকুনা থানা চাই। অগোই শাহুনা কুম্বি য়োংহল্লি। ২০নি মুমশকৈশদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি থৌএ। পোয়স্থ থা মোংমাইজিংনা হল্লে। ২১নি ঈরাইদা পোয়দুগী সংক্রান্তি ওই। ২২নি মোংমাইজিংদা মা কোম্বংদা যালিয়র নিংথৌ থুংহনা থামা চাখি। ৱাকচিং থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ২০নি থাঙজদা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি থৌএ। ফাইরেল থা মুমশকৈশনা হল্লে। ১৮নি থাঙজদা শ্রীযুৎ থাজদা লেংহুনা পুং থোম্নি। ভয়া হল্লকই। ২০নি নিংথৌকাবদা ফাইরেলগী সংক্রান্তি থৌএ। অদু মুমিত্তা থোঙাম চাওথোইবু পোইলা হাপই। শায়ুকচমচা পিশকম্রু পোইলা হাপই। লমতা থা থাঙজমা হল্লে। ১৯নি লৈপাকপোকপদা লমতাগী সংক্রান্তি থৌএ। ২০নি থাঙজদা শগোলবন্দা যোম্না ভাই। মুম থরা চাকএ। মী থরা শিএ। ২১নি শগোমসেন্দা কোনপান হৈনৌবোন্দা কোম ভাইএ। ২২নি ঈরাইদা থাংমান্দা ভাইএ। মী থবা শোকএ। মেন অমা মৈ চাকই। মী থরা শোকএ। হৈঙাংদস্থু ভাইএ মী থরা শোকএ। শজিবু থা থাঙজমা হল্লে। ২নি লংমাইজিংদা শ্রীমমাকচম চাওনা পণ্ডিং য়াইমবু পণ্ডিং অচৌবা হাপএ। ৭নি ঈরাইরা কাইনাদা মনাও ইবুংঙো ফুকএ। শ্রীযুৎ মহারাজস্থু ইবেম্মা অপাঙ্গী অহমস্থু লেঙই। ১৫নি মুমশকৈশদা নীলমনি পণ্ডিং য়াইমা হাপই। থোঙাম ভিক্টোংবু পণ্ডিং তোমবা হাপই। ১৬নি মোংমাইজিংদা হৈবোকচা, চঙাংগৈদা বোম ভাই। ১৭নি মিংথৌকাবদা ঢাইথোম অঙাংমচাবু শ্রীযুৎ মহারাজনা শঙলেন লাকপা হাপই। মনাস্থু পীএ। থোকচোম তোম্নাইমাবু লৌরুংপুরেল হাপই। ২০ নি শগোনসেন্দা বিষু সাংক্রান্তি ওই। মুতুম ফুবোনগী কুম শক ১৮৬৬—২১নি ঈরাইদা শজিবুগী পালোক ওইএ। থাশি থাঙজদা থাংজমচা নিলমনিবু মমা তনা পী। কালেন থা মোংমাইজিংনা হল্লে। ৮নি মিংথৌকাবদা বাসেবরীগীদমক কাইনাদগী লৈহাও ফুকএ। অসিগীদমক মোইরাংথেম অঙৌবী মাইবীবু মাইবী পুমকী অওবী হাপই। অহুপা মমা তনা পি। মাগী ভকমাদা শ্রীগোবিন্দ অমসুং বুধচন্দ্রগী সিং

ইহুনা পীএ। ১১নি শগোলসেন্দা মোইরাংথেম ইবুংঙোহাঙবা কানাবুর[1] লৌরুং পুরেম হাপই। ১৭নি খুমনকৈশনদা খাংখেমবুম থোংদোনবু শংকু শওলাকপা হাপই। মনা ওনা পীএ। ইওা থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৩নি উবাইবা হুংশিং য়ায়া কনি। মহুনা মকুথৌ নোংশাবেগী শজাই নুং খুমজাও লাইরেম্বগী শজাই, শজাই অনৌবা হংদোকএ। ২১নি লৈপাক-পোকপদা ককচিং খুনৌদা লৈবা খিংনাম পুর্ণসিংদা মেন লেপ। বৈজোম রোশোম কুয়িং, লমথাং খুঙ্গাং, চুলাই পীএ। মঙম অদুদা পোং য়ায়া তাথএ। পয়নামনা ১দা লুপা ১ পীএ। লফোই ১দা সিকি পীএ। থাও অচাবা পত্তা ১দা লুপা পীএ। ওেরশিং পত্তা ১দা লুপা ১ পীএ। লৌ শংবাই ১দা লুপা ২৫ পীএ। স্না মুহোর ১দা লুপা ১৪০ পীএ। চুরুপ আরুরু উপু ১দা লুপা ২॥০ পীএ। শাগোন মহৌশা শিকি শিবা ১দা লুপা ৩ পীএ। ৩াতিম ১দা লুপা ২০ পীএ। ২৩নি ইমশৈকপদা ওংবেম থৌজহরিবু ন হারুপ লাকপা হাপএ। মনা ওনা পীএ। ২৪নি শগোলসেন্দা ইরাগী সংক্রান্তি লৌএ। ইজেন থা ইমশকৈশনা হল্লে। ২৭নি নিংথৌশাবদা ইজেনগী সংক্রান্তি লৌএ। থাশি শগোলসেন্দা চুশিং শানা কাএ। মঙ ওথা উবাইনা হল্লে। জাপানগী লান মথাবোমদা মোইরাং, মায়াংসৈনা, নিংথৌখোং, কুমাজা, পোংশংবম, ইরেংবম, লোংপচিং, কাংলা, সবমাই, উখ্রুল, মমাংবা অচৌবা মৈরমদা ককচিং য়োরবু থবাল ১খৈ ইংএ। ১০নি মোংমাইজিংদা পতিং মাইমগা পতিং অত্তোনংগা মাইবী অঙ্গম্বীগা শেখোই কংজোই খুজবা চংলে। ১১নি নিংথৌকাবদা হজোইচুমাদা খুদম থেই হাংজুনা মহারাজ খুজবা লেওই। ১৮নি নিংথৌকাবদা ভাইমথোম লাকুনা মহারাজগা মোইরাংদা লেঙএ। অদু থুমিত্তা কোজেবেম ঙনৌবু লেজেংবা হাংই। খাবেম চংপা লমথাং খুঙ্গাং পীএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা সাহেপ চংখি। ২২নি শগোলসেন্দা আসাম গবর্ণর লাকুনা দরবার হোলদা জগোই লেংএ। বোর সাহেবদচিংথা সাহেব ২০ হরুম য়োএ। অদু থুনিত্তা মাইকৈ ৪ চুপ খুজবা নিলমনি পতিংনে ভিজোং পতিংনে দিনচন্দ্রনে ওমা চংলে অদু থুমিত্তা লাইময়ুম ইবোচাওবা পুজারীবু লাই শওলাকপা হাপএ। মনা ওনা পীএ। ২৯নি শগোলসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি লৌএ। লাংবন থা থাজবনা হল্লে। ২৬নি ইমশকৈশনদা য়াওোম্বা রাজকুমারবু মাইস্তুল লাকপা

১। কানাবুর—কানকত্ত।

হাপএ। মনা মথিল শুনা পীএ। থাপি লংমাইজিংদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরাথা নিংথৌবাবম্বা হল্লে। ৭নি লংমাইজিংদা পোইরৌ থোংজিন্দা লৈবা খুন্দোংবম অশৌবু মেঞোর হাপই। মনা শুনা পীএ। অহু হুমিত্তা থাংজেংবম লৈরেনবু অহল্লুপ শঙলেন লাকপা হাপই। মমা শুনা পি। অহু হুমিত্তা থাংজম গোকুলসিং কৈরুংহনবস্থ থোংবানভাবম অমুসিং থাকম শংঙ শঙলাকপস্থ, মাখেম কাহ্নাই দোলাইরোই হিদং শঙঙ শঙলাকপম্ব লাথবান কুজদা লৈবা লৈশাংথেম মেরা শঙঙ শঙলাকপা মথোয় অসি মমা শুনা পীএ। ১০নি ইমশকৈশদা ময়াঙুং বীরশ্চন্দ্রবু বোর সেনাপতি হাপএ। লোংজম কহ্নাই মোইবুং থোংববু থামেনচংপা লমথাংহল্লং মেশোম কুম্বিৎ পীএ। ১৪নি নেংমাইজিংদা শ্রীযুৎ মহারাজ ইথেম্মা শঙগাই লোয়মমা ১১নি নিংথৌকাবদা পাপাম্বা ইরুম চিংথৌ খুরুম্বা লাইশঙ শঙগাই। নোংমা পানবা ইমশকৈশদ মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা ২ শুইএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ ককচিং খুনৌদা লেঙই। ১৫নি লৈপাকপোক 'দ' ইবেম্বৌ মুমজাও লাইরেম্মগী মুম শঙ্গাই। শ্রীযুৎ মহারাজম্ব ককচিং খুনৌদগী থু লৈ। ২৮নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ মৈ.ইরাংদা লেঙই। হিয়াঙ্গৈ পা শগোন্সেন্না হল্লে। অহু হুমিংত্তা মহারাজনে থোর-সাহেপনে নিলমণি পণ্ডিৎনে, ভি.জাং পণ্ডিৎনে দিনচন্দ্র হজরনে এমক কংলাদ লম থেংএ। অহু হুমিত্তা খুরুখুন্দা লৈবা হৈথাম কুল সিংবু ভেল্লোই হিদং হাপএ। কুরিংশাবম পাৈলবু ভেল্লোই হজবা হাপএ। ২নি ঈরাইদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ৩নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজ কংলাদা লেংহুনা লাই খুরুমই। ৪নি নোংমাইজিংদা ওজম থোইবগা পেবম থম্বোগা ২মবু পেলাগী শঙলাকপা হাপএ। ৭নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজনে শলাই ৭ মাওনা কংলাদা লাই খুরুম্বা লেঙই। অহু হুমিত্তা নাহাকপম তোম্বা ভাইঙবু উরুপুমেন হাপই। অহু হুমিত্তা উয়াল ইবোমচা, চিংথাম অহোংজাওসিং, কোইজম কুলাপ হজবা হাপই। ঙাতোম তোম্বী, তোংব্রম থাদোই ২মা হজবা হাপই। ১১নি নোংমাইজিংদা নিলমনি পণ্ডিৎ মাইমবু পণ্ডিৎ অচৌবা হাপই। অহু হুমিত্তা মচা ইথেম্মা তম্বাম্না পোকএ। থোং কাংজৈস্থ শাইরে। লৌবেম্বম তোলতৌবু কৌজংবা দেবাম হাপএ। মনা লমথাং খুল্লং পীএ। ১৬নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজ শলাই ৭ দে লোইশী নিংথৌ পুরমম কমদো ৬৪ কমাইবা কোমুংগী মরাম চেঙনা ব লাদা

লাই থুরুম্বা লেংএ। ১৭নি থাঙজগা থোঙাম তিলোংবু পণ্ডিৎ মাইমা হাপএ। মাঘৈরাকপম দিনচন্দ্রবু পণ্ডিৎ অতোপা হাপই। অদু হুমিত্তা শ্রীযুৎ মহারাজস্থু প্রেম তোংহ্না দিল্লিদা লেঙখি। ২৮নি ইঙগকৈশদা শ্রীযুৎ প্রেম তোংহ্না দিল্লিদগী থুংলে। পোরম্বু থা থাঙজনা হল্লে। সংক্রান্তিস্থু হৌএ। ১৩নি ইঙগকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজমে ইঞ্জিনিয়ার সাহেপমে, উপদসিয়ারমে, পণ্ডিৎ অচৌবনে, মাইথোম চাওবা মেমতোরগা ইথাই থোং শানবা চংলি। মোইরাংগা তুম্‌গা কাওমবা লম্বী য়েংবা চংলি। ১৭নি নোংমাইজিংদা পণ্ডিৎ অচৌবনা ইথাইদা যুদ্ধিং লাকই। ১৯নি লৈপাকপোকপদা মা কোম্বুংদা থুংলেএ। ২১নি শগোনসেন্দা থৌনাওজম হেরাসিংবু পেনাগী হুজবা লাপই। থাশি নোংমাইজিং হুমিত্তা মাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ৪নি ইঙগকৈশদা মীলমনি পণ্ডিৎ অচৌবগা অতৌবী অম্বগ্নীগা থৌবান্দা মহারাজগী লাইথুরুম্বা লেঙই। অদু হুমিত্তা দিনচন্দ্র পণ্ডিৎকা অমুবী শগুলাকপী মাইবীগা তোববুংদা কৈথেল তোংবা চংলে। ৮নি নোংমাইজিংদা লিলোং কৈথেল শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজগী চমি দা হোঙএ। অদু হোংবদা দিনচন্দ্র পণ্ডিৎমে অতৌবী মাইবী অম্বগ্নীনে চহুম্বা হুং ১দা শ্রীযুৎ মহারাজগী মমিং ইহ্নুনা মুংলমই। কৈথমত্ত হোংলমই। ১০নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজ পাংপন্দা লেঙখি। ইবেন্মা মজাইস্ত য়ংগখি। ১৩নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজ থুংলে। ১৪নি থাঙজদা কোম্বুংগী অমাংগী লম্পাক্তা শগোল লমজেল তাখে। মৈতৈ শগোল ৪মক কত্রবংদা ২মক তাখে। ২০নি ঈরাইদা নিংথৌখোংদা মা ইংখোল্দা কৈথেল মে মহ্নুনা কাহল্লে। অদু হোংবদা দিনচন্দ্রনে অতৌবী মাইবী অম্বগ্নীনে চহুনা শ্রীযুৎকী মিংদা হোংই। কাইরেন থা লৈপাকপোকপনা হংল্ল সংক্রান্তিস্থ হৌএ। ৩নি শগোনসেন্দা খোংজোং কৈথেল হোংই। ইবেন্মা কমলাবতী অপাম্বী অহনগী মিংদা হোংই। শ্রীযুৎ মহারাজ লেঙই। ইবেন্মা অপাম্বী অহল্লা শেন চাইএ। ৭নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ মহারাজনা খ্রাইবম্বন্দা শন্দং অতৌবা কংতুনা ঈরাংলি। ১০নি ইঙগকৈশদা কাইনাদগী ও অহনা গোকুলনাথ ১স্থং ব্রাজেশ্বরী শাহ্নুনা জীবন্তাস তৌএ। অদু হুমিত্তা মোংমাইথেম মীলকোমোলবু লোইলা হাপই। ১১নি ঈরাইদা মবুথৌ পাখংবগী লাইশঙ শংগাই। ২৬নি থাঙজদা ইমাম বীরমঙ্গোলবু লোইলা হাপই। লমতা থা শগোনসেন্না হল্লি। অদু হুমিত্তা সংক্রান্তিস্থু হৌএ। ২৪নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজনা

পুমলেন্দা শিকার চৎপদা য়েলাংখাংপোকপি মনিংদা কৈ অমা ফাই। মোংযা পানবা ঈরাইদা শজিবুগী বিষু সংক্রান্তি ওইএ। ডাথেম থামাগী কুম শক ১৮৬৭—২নি থাঙজদা শজিবুগী সংক্রান্তি হোৌএ। ৬নি ইমশকৈশদা কৈমা শন ২ গা মী ৯ শোকই হায়দুনা হলংলদুমা শ্রীযুৎ মহারাজ বাংঙ্দা লেগুই। ৮নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ কৈ ১ ফাদুনা পুরকএ। কৈ অদু খুদপ ৫ শাংএ। ২৪নি লংমাইজিংদা ইবেম্মা মহারাণী মণিপুরদা লেগথোরকএ। কালেম থা থাঙজনা হল্লে। ২নি নোংমাইজিংদা নাইরাকপম দিমচন্দ্র পণ্ডিৎপু শ্রীযুৎনা স্না থুজি লমথাং খুহ্লং খামেন চৎপা ফৈজোম মেশোম ফুরিৎ পীএ। ৩নি নিংথৌকাবদা কোন্নুংদা মবুথৌ পাথংবা চম্রাওএ। অদু চুমিত্তা অরুক্তা স্না কোন্নুংদা সরকারনা লালঙম্বগী শগোল লমজেন, হরাগাডী লমজেম গুর কোইনা তারে। চুমিদাংনা মৈগী ফুমৈ তৌএ। অদু চুমিত্তা চোংথাম তোম্বা হজবনে, লিশম তোলম্ম চজবনে, মোইরাংথেম অঙৌবী হজবীনে, নোংমাইথেম তোম্বী চজবনে পাওম্রম থম্বৌ হজবনে, সিনাম তোমচৌ মুহোরীনে ৬ অমি খামেন চৎপা ফৈজোম লমথাং খুহ্লং পীএ। ৪নি লৈপাকপোকপদা কালেনগী সংক্রান্তি হোৌএ। অদু চুমিত্তা একাগাডী লমজেন, খোং লমজেন, মুক্তা শারে। ৫নি ইমশকৈশদা অরুক হোকী শারে, হুংথিল হিয়াং তারে। অদু চুমিত্তা খোকচোম পাবুং হিদং, মাইবম চন্দ্র হিদংবু খামেম চৎপা লমথাং খুহ্লং পি। অদুগা নিংথৌখোংদা লৈবা খোকচোম রামনারানবু বোরপাত্র হাপই। ৮নি থাঙজদা গারোংঙ্গী মেজোরমচিংবা শঙদা লৈবা মী পুম্নমক লৌথোক্লনা অনৌবা হাপই। অদু চুমিত্তা শগোলবন্দা লৈবা চিংথাম অহোংজাও পেনা হজববু স্না থুজি, লমথাং খুহ্লং, তান্, খামেন চৎপা পি। ১০নি নিংথৌকাবদা ফিবৌদা লৈবা শগোনশেম অঙৌ হজবা, মাইবম তোম্বী, তোকপম বাপু, মুজোই মেরা, তোংত্রম থাদোই ৫কক অসি স্না থুজি, লমথাং খুহ্লং খামেন, চৎপা, তান্ পীএ। নিংথৌজম বীরগোপাল কুলিহনগী মেজোর হাপই। স্না থুজি, লমথাং খুহ্লং, তান্ পি। খামেম চৎপা ফৈজোম পি। ১২নি ইমশকৈশদা লমথোকএ। ১৯নি শগোনসেন্দা লাইশা তান্নি। শজি ১ ফাইএ। ২০নি ঈরাযদা লাই লোইএ। ইঙা থা নিংথৌকাথমা হন্নি। ৫নি ঈরাইদা ইঙাগী সংক্রান্তি হোৌএ। ৬নি থাঙজদা থাদদা লৈবা নিংথৌজম মতুমসিংবু হজবা হাপএ। খামেম চৎপা, লমথাং খুহ্লং, মেশোম ফুরিৎ পীএ। ১৪নি মোংমাইজিংদা হিয়াং তারে। ১মা সনসম কুজোমা

তোংএ। ১দা মৈতাম কৈশংথম মচীনা তোংএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা থা শানা কংএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা তাম্মনা শরোকখাইবম পাকচাংগা শরাংথেম তোম্বগা তোংএ। ১৭নি ইমশকৈশদা থাকদেম ইবোমচা জোগা-জাগা হাওবোংবম কাকলৈ সুবিদারগা তোংএ। ১৮নি শগোনসেন্দা বাইথোম চাওবা মেমতোরগা হিজম উবুংতোহনগা তোংএ। য়েমলাংবম লৈকাই নখুল মপান্দা লৈবা গোপালসানাবু শগোম হুম্বা চাংপএ। মমা শুমা পীরে। ইকেন থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ৮নি লৈপাকপোকপদা ইকেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৮নি নিংথৌকাবদা থিয়াম কাংজাইচাবু মেকোর হাংএ। মমা শুমা পীরে। অতুগা শরোকখাইবম পাকচাংবু লাইকম শঙলেন লাকপা হাপএ। মমা শুমা পীএ। হাওবম কোকুন, সিনাম নিত্যাই ২ অসিবু মেকোপ হাপই। থামেনচংপা লমথা শুক্লং পীএ। থবান থা শগোমসেন্না হল্লে। ৬নি লৈপাকপোকপদা ফাগুনগী লাম লোইরে চাংহনা খোঙ্গদা সাহেপ মরাম হিজুমা থ্রেন শাইকচুমা কেন্না কাই। সনাগি থৌই ৭নি ইমশকৈশদা সুমিথা লৈগী থুংম্ম হৌএ। ৯নি উরইদ শগোন হুম্বা গোপালসা শিএ। ১৭নি থ চুরদা বেশার সুরচন্দ্রবু মেকোর হাংই। অহু সুমিত্তা ইংইথোম মোদোক, থাংবা তেংনচাং ২ অসিবু থাকম লৈকংবা হাপই। লাংবন থা থাঙজনা হাল্লে ১১নি লৈপাকপোকপদা মাংগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু সুমিত্ত খাংতারা সাইকুল লাকপবু শাংনেল এসিষ্টেণ্ট হাপই। ২৭নি ইমশকৈশদা থাওবম ইবঙ্গা লৈবা নিংথৌবম বেশোরচি গী মচা শুমা কংপ্ পশাংখা মা থৌগন তাইহনি। মেরা থা নোংমাইজিংনা হল্লি। ১২নি শগোনসেন্দা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি ঈন্দ্রনী থাংমেংদা লৈব য়ুম্নাম বসমোনজিৎ, মকাইচিং চিংবু থিয়ুশাংসুম্বাংনি হায়হনা থৌগল কাইহনি। হিংগৈ থা নিংথৌবাদনা হল্লে। ১৫নি থংঙজদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা চিংমরোংদা লৈবা হিদংবমুম শ্রীবেদান্ত শর্মাবু বেদান্ত বিশারদ হাপই। থামেন চংপা কৈকোম, মা খুজি, রেশোম ফুরিৎ পীএ। পোয়ম্ম থাদি ইমশকৈশনা হল্লে। ৭নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজ চীংথেরোমগী হাংদা লেংএ। হুইকপ লোক্তা লেকএ। ৮নি ইমশকৈশদা লমুইদা লেকএ। ৯নি শগোনসেন্দা উথুলদা লেকএ। ১০নি ঈরাইদা বোল শাবে। ১১নি থাঙজদা খংগোইদা লেকএ। লমীদা চোইথ্যনা স্কুলগীদমক নিবগা লুপা ২০০ পিরম্নই।

শ্রীযুৎ ভগেন্দ্রগী থুংলৈ। ২৭নি নিংথৌকাবদা ইচাগী সংক্রান্তি হৌএ। ইচেম থা শগোলসেন্দা হল্লে। ওইনাম ইবুংঙোহল, খোন্তাম মাত্রা পানা হাজারী, মরেংবম কোন্দুম উয়ু থুম্রাকপা, খাইরাকপম রাজ কেশোর বড়ু মেথাম, শরোকখাইবম পাকচাও শঙলেন লাকপা, মোইরাংথেম ইবোচাওবা মোইরাং নিংথৌ, ইংঙুম কালাচান্দ হজু মেথান, হাবেম কাংজাই শঙ্গু শঙলাকপা খোইরাম কালা উকং পুরেল, থাইরাম লাউজি উকংপুরেল, থিয়ুজম অঙাংহল উকংপুরেন, লাংপোকলাকপম গৌরমণি, শারুংবম লমখেল, হিজম ইবুঙোহল অহল্লুপ লাকপা, ইরোম পিশক লৈকাই হাজারী, খোংবানতাবম অযু শঙলাকপা, থৌনাওজম তিল হাজারী, থাইখোম মণি লৈকাই হাজারী, হুইরোম তোলমু পামা হাজারী অসিনচিংবা মনা ওনা কংবা মথৈনা কাং শাট্রে। ১১নি নোংমাইজিংদা আসাম গভর্ণর লাকই। ১৪নি ইরপকৈশদা আসাম গভর্ণর চংখি। ১৯নি নিংথৌকাবদা রেনকোকপম পিশা কুংশা নওবা কুন্না অমগা লৌরেম্বমগা পু থাইনা মুমহুন' সামাওদা লেপ্নবদা সাক্ষি য়েংনৌ হায়রহনা ঊকপনবনা লৌরেম্বমনা চুমই হায়রহনা পু থাইনা ওইখি। ২৭নি লৈপাকপোকপদা চিং অকোইবদা লৈবা পোংজাই নিংথৌ মথৈ মা পোল্লংদা চাক পিজে। ২৯নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ পিলোংদা লেঙখি। ৩০নি ঈরাইদা ইচেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থা থাঙজমা হল্লে। ১০নি নোংমাইজিংদা মহারাণী মপা পিথগী পোমাং থামরগদা লেংখি। ১৭নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ পিলোংদগী থুংলৈ। ২৩নি লৈমাইচিংদা মতম কুইনা সরকারগী ওইরবা চিং পুরমক মহারাজগী ওইএ। অহু হুমিজা শ্রীমতি মহারাণী থুংলৈএ। ২৮নি শগোলসেন্দা অহুক পুং ৮ তাবা মতমদা মা কোল্লং দরবারদা শ্রীযুক্ত মা সাইমা পূররত্ত্ব খোট সাহেব অহুগা হুংথোন ম, কোজেং গৌড়, কৃষ্ণমুহোন মুসলমান বংশে অসি দরবার মেজোল হাপ্পুনা কত্তমবা ত্তৌরোই হায়রহনা থাপকহল্লি। হুমিদাং পুং ১২ তাবা মতমদা সরকারনা মণিপুর লৈবাক অসি শ্রীযুৎ মহারাজদা পিরে। ২৯নি ঈরাইগী অহুক পুং ৭ মিঃ ১০দা বংলা চহুমা শ্রীযুৎকা মহারাণীগা কমহুনা ভসিমথৈ লৌকবনি হায়রহনা পুজা তৌই। অহুপা পুং ৭ মিঃ ৪০দা ষ্টেট দরবারদা পাথংবা রেকপা কীরাল হুংএ অহুপা পুং ৮ তাবদা বড় সাহেবনা মা কোল্লং দরবার হোলদা প্রজা পুমমকী মমাঙদা শ্রীযুৎ মহারাজদা মনিপুর পুরমক পিরে। অহোংশাংবম বিধু তোপ মেজোংদা তোপ ১৮ লক থাপএ।

পুং ১২ তাবদা শ্রীগোবিন্দজীগী পালা ১না যেন্নাই কুতোম চংলে। থবান থা মেংবা পানবা ঈরাইদা ইন্দ্রেমগী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থা ২ পারে। অকোনবা থবান থা নোংমাইজিংমা হল্লে। ২নি জিংথৌকাবদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি ঈরাইদা মোইরাংথেম ইবোচাওবা মোইরাং নিংথৌবু পণ্ডিৎ অচৌবা, নাম্বৈরাকপম দিনচন্দ্রবু পণ্ডিৎ মাইমা, খুমল্লম মণিবু পণ্ডিৎ অতোম্বা হাপএ। ১৬নি শগোনসেন্দা মাইমোম বোরাজাওবু লাইকম পামাগী কৈরুংবা চাপই। ২০নি ঈরাইদা তাতোম চন্দ্রকান্তবু বিজয়া গারোংতা পোইদা হাপই। লাংবন থা নিংথৌকাবনা হল্লি। ৪নি শগোনসেন্দা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৫নি ঈরাইদা কঙ্গ্রেসকী মিপা থক সত্যাগ্রহনি হায়দুনা কোল্লংদা কিরাল টুপী লোয়ননা চৎলকই। থোংগী সিকাইমা চৎবা য়াদে হায়দুনা থিংই। অবোংদগী ফুট ১০০ হন্দোক্লগা লম্বুর থন্দুনা লৈ। ১২নি ঈরাইদা কংপাদা পাখংগা রেকপা কিরালগা কঙ্গ্রেসকী কিরাল মচু ৩গা পাইমিন্নহল্লি। মেরা থা ইমশৈকেশদা হল্লে। অদু খুমিদা হুইক্রোম ইবোতোনবু শঙলেম লাকপা চাপই। ৫নি নোং-মাইজিংদ মেরাগী সংক্রান্তি হৌই। অদু খুমিদা চিংতামথাদা লৈবা শলাম চাওববু অহল্লুপকী শঙঙ শঙলাকপা হাপই অদুগা উরিবোক্তা লৈবা কাংজম তোম্ববু অহল্লুপ কৈরুংবা হাপই। অদুগা পোংশংবেম লাচৌদা লৈবা নোংমাইথেম লুখোই মেমতোম্ববু লাইকম শঙঙ শঙলাকপা হাপই। ৬নি মিংথৌকাবদা মবোবম লৈকাইদা লৈবা শরোকথাইবম পাকচাও শঙঙ শঙলাকপাবু ভুলিহন মেজোম হাপএ। অদুগীদমক হায়গী গারোংমথে খাওদুনা চংখি। অদু খুমিদা কুরাইলাংপম মধুমঙ্গল শর্মাবু বিদ্যাভূষণ চাপই। ১৫নি ইমশৈকেশদা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেঙখি। হিয়াঙৈ থা শগোনসেন্না হল্লে। ৫নি মিংথৌকাবদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈ। ১৭নি মোংমাইজিংদা নাম্বৈরাকপম থবী কৈরুংবহন্দগী লাইকম লেবান হাপই। পোয়াহ থা থাঙজমা হল্লে। ৫নি ইমশৈকেশদা পোয়াহুগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ হাওদা লেঙএ। মোইরাংদা লেকএ। ১১নি ইমশৈকেশদা চুড়াচান্দপুরদা লেকই। ১২নি শগোনসেন্দা শাইবুমদা লেকই। ১৩নি ঈরাইদা খুবিপুংদা লেকই। ১৫নি থাঙজদা ঘুনিংদা লেকই। ১৬নি লংমাইজিংদা তুয়ুমদা লেকই। ১৭নি নিংথৌকাবদা মা কোংহংদা থুংলৈ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা

শিলোংদা লেংই। ২৩নি থাওজদা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈ। ৱাকচিং থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ২নি লৈবাকপোকপদা শ্রীযুৎ মোইরাংদা লেকই। ৩নি ইমশকৈশদা খুমুজাম্বা পুংদা লেকই। ৪নি শগোমসেন্দা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ৬নি থাঙজদা চিং অকোইবগী হাওমথৈ চাক পিখৈ। হাওপুম ১৪৩ মী ৮০০ লোম লাকই। ৮নি নিংথৌকাবদা ম্না কোয়ুং য়োৌএ। ১০নি যুমশকৈশদা শ্রীযুৎ ভুবোমচিংদা লেংই। ভিমাপুরদা লেকই। ১১নি শগোমসেন্দা জিলা তেরাপুরদা লেকই। ১২নি থাঙজদা ভুবোননগরদা লেকই। ১৪নি নোংমাইজিংদা ভুবোনচিংদা লেকই। ১৬নি লৈপাকপোকপদা লক্ষিপুরদা লেকই। ১৭নি ইমশকৈশদা জিরি ঘাটতা লেকই। ২০নি ঈরাইদা গান্ধি শি হায়দুনা পাউ লাকই। ২২নি নংমাইচিংদা লক্ষিপুরগী নারানদো খুমন্না জিরি ভুরেন্দা লেংই জিরিমুখতা লেকএ। ২৩নি নিংথৌকাবদা জিরিবামদা লেকই। অদুদগী ২৮নি থাঙজদা জিরিমুখতা লেকই। ফাইরেল থা যুমশকৈশনা হল্লে। ২নি শগোনসেন্দা লক্ষিপুরদা। ৪নি থাঙজদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৫নি নোংমাইজিংদা খোঙশাল্লে। ৭নি লৈপাক-পোকপদা শ্রীযুৎ থুংলৈএ। ১৪নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ ভিমাপুরদা লেঙখি। ১৮নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। লমতা থা শগোনশেনা হল্লে। ২নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেঙখি। ৪নি নোংমাইজিংদা লংতাগী সংক্রান্তি হৌএ। ১০নি থাঙজদা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈএ। ১৮নি যুমশকৈশদা বারুণী কুপিতা শ্রীযুৎ মহারাজনা বারুণী মহাদেবদা ভিমা যুমগী মন্দির ১ বংলি। শজিবু থা থাঙজমা হল্লে। ৪নি লৈপাকপোকপদা বিষু সংক্রান্তি ওই। অহৌ সুরচন্দ্রগী কুম শক ১৮৭০—৫নি ইমশকৈশদা শজিবুগী পালোক ওইএ। ১৫নি ঈরাইদা থা শানা কংএ। ১৮নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ খুমনথেম চন্দ্র ইবেমপিশকা লুহোংএ। তোপ ২০ কাপই। শারুংবম নিংথেমজাওবু চন্দ্রসিদ্ধান্ত হাপই। কুম অসুদা মনিপুরাস্ত কৌবা খুংপাইম্ন হৌদোকই। থাশি নংমাইজিংদা মুসিং শানা কংই। কালেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৭নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৫নি নোংমাইজিংদা শিংজমৈদা লৈবা তোংহন্না রাজকুমারবু দোলাইমোই হজবা হাপই। ইঙা থা লৈপাক-পোকপনা হল্লে। ১নি লৈপাকপোকপদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৩নি লৈপাকপোকপদা উরিবোক্তা রামের পুত্রদা থমাল ১ নাকল ১মা অঙাংবা নাকল ১না অতৌবা শাংতুনা শ্রীগোবিন্দদা কংলৈ। ২৫নি ঈরাইদা

কৈশামথোংদা মিংতোম্বম পুরিদা থরো অভাংবা ১ মনা ৮ না তৌবা ১ শ্রীগোবিন্দদা কৎলে। ১৭নি লংমাইচিংদা শ্রীমতি মহারাণী কলিকতাদা মনাওম্পী লুহোংবা চৎথি। ইঙেন থা মমশকৈশনা হল্লে। ১১নি থাঙজদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু হুমিত্তা যোইমাইকম অথোইবু থাবনগী কৌকংবা হাপই। থবান থা ঈরাইনা হল্লে। ১৩নি লৈপাকপোকপদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি ঈরাইদা মাওদা হাওমান হৌএ। ২৩নি থাঙজদা য়াংথুমচিংবা হাও ৩ ফাইএ। লংবন থা থাঙজনা হল্লে। ২নি লংমাইজিংদা মহারাণী থুংলৈএ। ৬নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ কৈমৌদা য়াংলেমগী কুতোম পুং থাজি। ৫নি ইমশকৈশদা নম্বোমদগী থু ইরাকপম মিংতোন রাণী কৌবী গন্ধর্ব্ব বিবাহ তৌদুনা পুথৎলি। ১৪নি ঈরাইদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা নোংমাইজিংদা হল্লে। ৯নি নিংথৌকাবদা ইবেম্মা অপাম্বী অহল্লা ইবেম্মা য়াইমা পোকএ। অহু হুমিত্তা লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা লৈবা লাইরিকয়েংবম চনমথাবম মণিহু পালামাহাগী ইশৈহনবা হাপএ। থামেন চপ্পা কৈজোম থুজি ভান পি। অহু হুমিত্তা হৈঙাংদা লৈবা পাওদম লজাইবু পোইলা হাপএ। থামেন চৎপা লমথাং থুঙলং পীএ। অহু হুমিত্তা য়াংথৈ কোং মপান্দা লৈবা মৈরাম অঙাহলবু পুংলোন চহা হাপই। জা থুজি থামেন চৎপা পীএ। ১৫নি নিংথৌকাবদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াংগৈ থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১৬নি মমশকৈশদা হিয়াংগৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৭নি শগোনসেন্দা মশোম থাইরাকপম রাণী লুহোংই। ২৫নি ঈরাইদা স্নাথা য়াইমা যোইরাংথোমতাবা শিএ। অহু হুমিত্তা কৈশামথোং হোদাম লৈরক্তা লৈবা পোংশংবম মণি থাদম শঙঙ শঙলাকপবু থাকম শঙলেম লাকপা হাপই। পোয়হু থা মমশকৈশনা হল্লে। ১১নি লংমাইজিংদা শ্রীযুৎ থোঙাম মোন্দুমদা লাই থুরম্বা লেঙই। ইবেম্মা থাইরাকপী য়াওএ। ১১নি শেগোনসেন্দা পোয়হুগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৮নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ থুংলৈএ। ৱাকচিং থা ঈরাইদা হল্লে। ৮নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ নোংমাইজিং মত্তোন্দা লেঙএ। অহুপা মহাদেবগী মফমদা লাইশঙ হুংনা শিদি চনবা তিল্লা কুপ্পা ১ গা বৈথোপ ১ গা পরিক্রমা অকোইবা চাংদগী তেমহুনা শেমলমই। ১৫নি ঈরাইদা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি ঈরাইদা চিংথোংদা হুমলকএ। মফম অহুদা গৌড়গোবিন্দ লাই শাহুনা লাংথি। লাইশঙ ৱালহৌকম শাহুনা মাঙোপ, পুখি, শঙপাইমচিংবা শাহুনা মখিং

গৌড়নগর থোরকমুনা থামনবু সেবা তৌখি। অতুদা হাওহা মী মরাও ইবেম্মা খুরাইলাকপম নিংথৌ রানী থামন অধিরম গুরু বাচস্পতিগী মচি ফাজিকোরনচিংবা থামন ১২ ননসম ফুরো পান্থৈল, খুরাইলাকপম পারিজাৎ ভাস্কর, ফুরন ও সিংখাই ১২ চৈরাপ ৯ পারোং ৩ পেরা শকপা চিংথাম অহোংজাও হওবা, ফুরোই থেরা চৈথাম শঙলাকপা, মাইরাবকপম চিনচন্দ্র পণ্ডিৎ অসিনচিংবা মী ৫০ মরুম চংলি। অতুপা থোইবাং, ককচিং, অয়ো অসিনচিংবসু হাওই। কাইরেন থা লোংমাইজিংনা হল্লে। ১৫নি লোংমাইজিংদা কাইরেনগী সংক্রান্তি চৌএ। ১৭নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ মা কোয়ং চঙই। ২০নি নিংথৌকাবদা ভাচোম ভপাজাউ পোইলাবু মেজোর হাপই। ককা বাইথোম চৈকাইদা চৈব লাইঙ্গম চাওববু পোইনা হাপই। ২৬নি ইয়ুমশকৈশদা শ্রীযুৎ লোংমাইজিং গৌড়নগরদা লেংখি। লমতা থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৭নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ লেঙলকই। ১০নি শগোলসেন্দা থোংমন্দা চৈবা সেরাম থম্বাল অচৌবু লাইশম শঙলেন লাবপা হাপএ। ১৬নি চৈপাকপোকপদা লমদাগী সংক্রান্তি চৌএ। অমু মুমিংতা কাকচৈংথেল্লা চৈবা থোইরাংথেম ভোলচৌবু পেলুবা হাপএ। ২৬নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ গৌড়নগরদা লেংখি। শজিবু থা ইয়ুমশকৈশনা হল্লে। ৬নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ লেঙলকএ। ১৫নি যুমশকৈশদা বিযু সংক্রান্তি ওই। ভেনতবম চাওবগী কুম শক ১৮৭১—১৬নি শগোলসেন্দা শজিবুগী পাঞ্জাক ওইএ। অমু মুমিংতা মাইথোম ভোরাইবাবু লাইকম পানা হাজারী হাপই। থোকচোম চৈকাইদা চৈবা থোকচোম তোনবু পোইনা হাপই। কালেন থা ঈরাইনা হল্লে। ১৮নি লোংমাইজিংদা কালেনগী সংক্রান্তি চৌএ। ইঙা থা থাঙজমা হল্লে। ২০নি মুমশকৈশদ ইঙাগী সংক্রান্তি চৌএ। ২৩নি থাংজদা থৌরাগী শঙ্গাইগী মচা মা রাইমা শিএ। ২৮নি ঈরাইদা শ্রীযুৎনা কোংবা কৈথেল মখাদগী লোংথোনবম ১ লুহোংএ। অমু মুমিংতা শৌগাইজম চৈকাইদা চৈবা অশাংবা তাইমা শ্রীগোবিন্দগী লাল্লুপচিংববু রামচন্দ্রগী হুহাব হাপএ। থামেন চপা কৈজোম মা গুজি তান শিখি। ভোপ ইবিম মপাল্লা চৈবা লাইখুরাম ভোমবুংজাও পালা মাহাগী থোবাংববু বামজি প্রভুগী থোবাংবা মকোক ওইহল্লে। থামেন চপা মা খুজি শীএ। ইঙেন থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ২১নি লংমাইজিংদা ইঙেনগী সংক্রান্তি চৌএ। ২৯নি লোংমাইজিং মহাবলীদা হৈবোং ১ তুইএ। থাদি নিংথৌকাবদা হৈজ্রোং ১ তুই।

থবান থা লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১৩নি থাঙজদা ভারতভূমিগী পন্ডিৎ সভা ইংরেজীগী অহুত্তা করি তমহনগদগে থম্বদা নাপরিদ্রা স্থাথি। মনিপুরগী লাইরেমবুম ইবুংতোম্বল বি, এ, বি, এল, য়াওরুই। মাংথৈ লৈকাইদা লৈবা কোমনম কাক্লাই নিংথৌ শাগৈনা শ্রীযুৎকী ম্না থৌগল মপ্পীগা কংলে। ১৯নি ঈপাইদা পদ্মালুরাম নিংতোম তোমদোন লাবই। ২৪নি শগোনসেন্দা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থা শগোনসেন্না হল্লে। ৫নি লংমাইচিংদা উরিপোক্তা লৈবা থাঙেম্বম চূড়াসিংনা মণিপুর লৈপাক অসি ক্ষতিপূরন থবনা পি, থবনা পিদে, ঐমক্তা প্রজাগীদমক পিরগে হায়না সত্যাগ্রহ তৌএ। অহু ফুনিত্তা বাক্যাভী লোলান মথক্তা ছই ১ কারগী। তাপ্পোকপনা পিএ। ১৫নি মুমশকৈনদা লেরাম্না থা ২ গী মচুংদা ক্ষতিপূরন পিগদি হায়দুনা সত্যাগ্রহ তৌনা তোকই। অহু ফুনিত্তা থুরাই লোইথম লৈকাইদা মংশদম তোম্বা উশিংদা পিএ। ১৬নি শগোনসেন্দা বাশিখোংদা লৈবা নিংতোম্বম তোম্বীবু শন্নু পূরেন হাপএ। ২২নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেঙখি। মেরা থ ঈরাইনা হল্লে। ৩নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈএ। ১০নি থাংজদা ম তোংবা রাজকুমার য়াইস্কুল লাকপবু বড় সেনাপতি হাপই। কম ২ থোক্লি। ২৩নি থাঙজদা মনিপুরগী শাসন লেবাক্তা পুথি। ২৩নি লৈপাকপোকপদা হেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙৈ থা থাঙজদা হল্লে। ২৭নি শগোনসেন্দা হিয়াংকৈগী সংক্রান্তি ওই। পোয়েন্থু থা নিংথৌকাবদা হল্লে। ৪নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেঙখি। ১৪নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈএ। ২৬নি ঈরাইদা পোয়েন্থুগী সংক্রান্তি হৌএ। ওয়াকচিং থা লৈপাকপোকপদা হল্লে। ২৭নি নোংমাইজিংদা ওয়াকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ফাইরেন থা শগোনসেন্না হল্লে। ৪নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎকা মহারাণীগা শিলোংদ লেঙখি। ২৫নি নিংথৌকাবদা ফাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। লমতা থা ঈরাইনা হল্লে। ৮নি থাঙজদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। মোংবিজম চাওবা নিংথৌকমবগী মচা শ্রীহাওবিবু শক ১৮৬৯ দা বড় সেনাপতিনা জ্যোতিষতমি হায়দুনা কাকথ্রাগী যত্রা তৌহল্লি। শজিবু থা নোংমাইজিংমা হল্লে। ২৬নি শগোনসেন্দা বিষু সংক্রান্তি ওইরে। বিরাম অতাংদ্রাওনা চৈথাবা কুম শক ১৮৭২—২৭নি ঈরাইদা শজিবুগী পালোক ওইএ। কালেন্না লৈপাকপোকপনা হল্লে। ১৩নি নোংমাইজিংদা মোইরাং পুম্না থাংজীং হরাওবা হৌএ। ২০নি থাঙজদা আসাম রাইফল

চত্নুনা থুগাইএ। অদু তুমিন্তা মোইরাংথেম পণ্ডিৎ অচৌবা তোকখি। ২৭নি থাঙজদা মোইরাং মাইবগা পণ্ডিৎ লোইশঙগা মোইরাং থাংজিং অমুক হন্নাওবগী লৌকংশঙ, কমিশনারগী মমাঙদা অক বন্ধ হায়বদা পণ্ডিৎনা চুমহন্না ২নি ঈরাইদা হৌবা ওখি। ২৯নি নিংথৌকাবদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ইঙা থা শগোনসেন্না হল্লে। ৫নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ শিরোইংবা লেঙখি। ইঙা থা ২ পান্নি। অকোনবা ইঙন থা ঈরাইনা হল্লি। সংক্রান্তিসু হৌএ। ২নি থাঙজদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। ৬নি নিংথৌকাবদা আসামগী লাট সাহেব থুংলৈ। ৬নি যুমশকৈশদা ম্না কোম্বুং দরবার যোলদা দরবার তৌএ। অদু তুমিন্তা পারোংবী লাইশ্রম চাওবা পোইলাবু থাংমন চন্না কৈকোন ম্না থুজি লমথাং থুজাং পি, তুমিনাংনা অগোই কুম্ব তৌএ। ৯নি থাঙজদা লাট সাহেব চৎখি, শ্রীযুৎসু থাওখি। লেঙজিনবদা নিংথেম পুরি মপান্দা লৈবা মোইরাংথেম তোয়াইমা পানামাহ গী লাম্পাক্নিংবু মাংজি ৫ ভুগী ঈশং হনবা হাপই। থাংমন চন্না কৈকোন লমথাং থুজাং ম্না থুজি তান পীএ। ইঙেন থা নোংমাইজিংমা হল্লে। ২নি লৈপাকপোকপা ইঙেন গী সংক্রান্তি হৌএ। থবান থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ৫নি ঈরাইদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। লাংবন থা যুমশকৈশমা হল্লে। ৭নি নিংথৌকাবদা লা বনগী সংক্রান্তি হৌএ। মেরা থা শগোনসেন্না হল্লি। ৮নি যুমশকৈশদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। ২২নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎকা তাবতকী জর্ণেলগা থুংলৈ। ২৩নি ঈরাইদা শ্রীযুৎকা জর্ণেলগা মোরেদা লেঙখি। ওয়া হৎকুনা তুমিদাং দরবার হোন্দা অগোইনচিংবা কুম্ব তৌএ। ২৪নি থাঙজদা শ্রীযুৎ, জর্ণেলগা লেঙখি। হিয়াঙৈ থা ঈরাইনা হল্লি। ৮নি ঈরাইদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৪নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ লেঙলকএ। পোয়েন্থ থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ৯নি নোংমাইজিংদা পোয়েন্থগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৩নি ঈরাইদা থোংমন্দগী নাওরেম নিংথোল ১ নিঙ্গ্যাইবাৎ চিংথেক্না হবাগাতীমা তঙুনা শিএ। অদু তুমিন্তা শ্রীযুৎকা রেলাংবম নিংথোল স্নাজাওবীগা লুহোংএ। ১৪নি থাঙজদা পিশুম খোংনা লৈবা হিদংময়ুম লৈশাবী ১ থৌমী থান্দুনা শিএ। শিকাংথে হায়বুনা মশা পোৎলোই। শোমাংতি শোন্দে। ওাকচিং থা নিংথৌকাবনা হল্লে। ২নি লৈপাকপোকপদা মহারাণী থুংলৈ। ৪নি শগোলসেন্দা তাবতকী গবর্ণর থুংলৈ। ৮নি নিংথৌকাবদা ওাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৫নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ মুরান হাওদা লেঙএ। তগ্গী

মখুথৌ মাংখয়েন্দা হৈরক কংলি। মা লুপা কোমচলয়াইতলমই। অহিং অহু দুবান হাওখুন্দা লেকএ। ২৬নি ঈরাইদা মাইবাকম্পমচা দিনচন্দ্র পণ্ডিৎ থাইমবু মনা মাথং পোত্থাবো হায়দুনা মখুমদা কুমহনখি। অহু দুমিংতা শ্রীযুৎ তুরাং কাবোংদা থুংএ। মহারাজনা স্কুল ছাত্রশিংদা ফুটবল পিবিখিএ। অহিং অহু হাও জগোই শাই। থাবন চোংবা ভগীরমই। ২৭নি থাঙজগী অযুক্তা শ্রীযুৎ শামু তোংদুনা স্কুল য়েংবা লেকই। অহু দুমিংতা হুংখিল পুং ২ তাবদা আইহাং শোয়নেং নিংথৌ, মুংচাম থোম্বি মিংথৌ, থোমজুন লুপলাকপা খুবুং খুনৌ, চশাং মিংথৌ তোংখোথং মখোয় ৮সি থাংমন চত্না মনা পি। দুমিং অহুদা চৌংলগী চংপা মাদহুনা কবচিং খুলেন পাখোই নিংথৌগী দুমদা অহিং ১ কাইরম্মে। ২৮নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ মহারাজ লিবা চংদিং হাংখুন্দা থুংই। ছাত্রশিংদা ফুটবল, ভোলি জাল পিবিরমই। ২৯নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎনা মাকৌ শোংলুক মিংথৌ, চংদিং পিরিং থুম্লাকপা চংদিং কোয়ুং লুম্লাকপা, চান্দেল খুলেন পেন্থুংখুবুং, চান্দেল খুনৌ পেহুং থুম্লাকপা, আইমেন খুনচাউ থুপক্কেরেন থুম্লাকপা, পুরুম চোথং খখো থুম্লাকপা, চান্দেল খুনৌ তোন্দে থুম্লাকপা, চান্দেল খুলেন কোমোক থুম্লাকপা মী ৯ অসিদা থাম্মেন চন্না মনা পীএ। লিবা চংদিং হাংখুন্দা অহিং ৩ কাইরমী। কাংয়েন থা য়ুমশকৈশনা হল্লে। দুমিং অতুদা শ্রীযুৎ লাইমতোন্দা চীং কাহুনা ভদ্রাও ভরংপু পুজা তৌরমই। অহুগা মন্নাং ইম্ফাল সনা কোম্বুংদা লেকই। ২মি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎনা মখুথৌ খুমন পোয়কপদা হৈরক কংলি। অমি ঈরাইদা শ্রীযুৎ ম. কোন্থংদা থুংই। থোংকম অলিদা লিপা ৫০ না থৌগল চংলি। ৭নি লৈপাকপোকপদা কাইরেংগী সংক্রান্তি তৌএ। ১২নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ থা চাইরেন্দা পাম্বোইবী পুজা তৌবা লেকই। ১৩মি নিংথৌকাবদা সনা থৌগল মনি পণ্ডিৎ, মুয়াহ পণ্ডিৎ, মাইমু পেমা, রজনী মাইবী, অসিনা পাম্বোইবী পুজা তৌএ। অহু দুমিতা শ্রীযুৎ নোংমাইখোংদা লেকই। মাহুম মহাদেব দর্শন তৌএ। নোংমাইখোংদা লেকই। ১৪নি লৈপাকপোকপদা পাঙমা হিংনা শত্রাই ১ কাই হায়দুনা শ্রীযুৎতা কংলৈএ। থা কারকপা মী অহু শ্রীযুৎনা লুপা ১০ পিখি। অহু দুমিতা শ্রীযুৎনা হিমা লেঙলকুনা তেরা খুনৌ থোইহুমগী দুমদা লেঙশিল্লে। ১৫নি ইমশকৈশদা থোইহুমগী মচানিপা মা মাথংনা লুহোংবিরমই। ১৬নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ হিমা লেঙলকুনা সেকমাইচিন থৌনাও চাওবা থেজোরগী দুমদা লেকই।

১৭নি ঈৰাইদা শ্রীযুৎ থাংগদা লেৎই। হুয়িং অহৃদা শ্রীযুৎনা থাংগা চিনিংথৌদা পুজা তৌএ। ১৮নি থাঙজদা শ্রীযুৎ সনা কোন্থুনা থুংলে। ২৩নি হুয়েশকৈশদা মেদা মকমদা মনি পণ্ডিৎ, মুরাই পণ্ডিৎ, মেবা পেনা লৈথাম শঙলাকপ, নাইথি অতৌবী অতম্বী, অসি চক্রমা লাইরেম্বা ৭ পুজা তৌকইএ। ২৪নি শগোলসেম্মা শ্রীযুৎকা, মহারাণীগা মেদা মকমদা লেঙশিন্নুনা চীফ কমিশনর, ডি. সি, এদা মরামগী লোয়ননা থেদা হৌই। মাতুদা তকল্ল তকলবা পোং লোমি। থি শাবনচিংবা ইৎনি। চিংকী কুটৈ লীলাচিংবা শাদে। ২৫নি ঈৰাইদা মনি পণ্ডিত মুরাই পণ্ডিৎ ২মা শ্রীযুৎ মহারাজগী হাইকনবা কংলাদা পুজা তৌই। লমদা থাদি শগোলসেম্মা হজি। ৭নি শগোলসেম্মা লমদাগী স ক্রান্তি হৌএ। মহূ হুমিক্তা কংগ্রেসনা মেদা থুপাইগনি হায়হুনা মরাম হৌরকপদা থুইরম্বন কৈথেল কায়হুনা চেৎ। কংগ্রেস পার্টিনা মেদা থুপাইগদবগী হৌজ ২ হোংনবা ভমথিদে। ১২নি লৈ-পাকপোকপদা শ্রীযুৎনা মতোল ইবুংতো সনাতোম্বা ২জ মেনাপণ্ডিদা পজেং ফিরাল পি। মহূ হুমিক্তা মনি পণ্ডিৎ, মুরাই পণ্ডিৎ ২মকপু থাদেন চক্তা লমথাং থুম্মাং, মেশোম কুয়িং মমা পিথিএ। মহূ হুমিক্তা শ্রীযুৎ মহারাজনা শাস্থ থাবক নেৎতুনা হিয়াংগী যাত্রা তৌই। বাংথৈপ্পুম মংলেম সিঙ্গা স্না কাকোম থম্মি। আসাম রাইফল সিপাই ২০০ মশং মাঙদা কলেন চৎনি; বাঁকাই, বেংগুন, থৌগল মরামগা লোয়ননা হিগাশঙদ শ্রীযুৎ লেঙই। হি তোংই অহূগা শ্রীবিষ্ণুগা হি ভাদে। অহমুপকা লাইকমগা অমা নাহাকপকা থাকমগা অমা পানা পানা ভাদে। শ্রীবিষ্ণুগী থুমেং হিদা মনি পণ্ডিৎনা শ্রীযুৎ মহারাজগী থুমেং হিদা অমুরাইনা পণ্ডিৎনা থৌগল তৌই। থোকচোম ঃখুগা কাংজবম পোলেম্নগা ২মনা ভেংবাই লেপই। ১৩নি ইমশকৈশদা সনা থাৎ অঙ্গোদা পণ্ডিৎনে, পেথানে, মাইথীনে শঙ ও চক্রমা পনম নিংথৌ পুজা তৌরুইএ। ১৪নি শগোলসেম্মা মনিপুরগী মেদা লোইথি। মতুংদা কংগ্রেসনা মথোয়গী মেদা অমুক তৌথি। ২২নি শগোলসেম্মা শ্রীযুৎ শিলংদা লেঙথি। ২৪নি থাঙজদা লোংমাইচৌং থা পাংবক্লদা কম্যুনিষ্টকা আসাম রাইফলসগা কাপহুনা কম্যুনিষ্ট নিপা ৪ শিএ, আসাম রাইফল ১ শিএ। মন ১২ শিএ। ২৭নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈএ। শজিবু থা থাঙজনা হৱে। ৩নি নিংথৌকাবদা অমুক পুং ৮ ভাবদা শ্রীযুৎ মহারাজগা চীফ কমিশনরগা দরবারদা উনগনি হায়হুনা থাংজেং নমথাং থোনবা লোইমহুনা

শজাই মাখোন থুদাদা লেঙশিন্দুনা কমলিঙৈদা খংহৌদনা শ্রীযুৎ থুদোদগী ভনথৈ। পণ্ডিৎ, পেনা, মাইবী চঙহুনা থবাই মি কোন্নি। ৫মি মুমশকৈশদা শ্রীযুৎ বাসন্তী পুজাগী হিয়াংথাংদা লেঙখি। ৮নি থাঙজদা বিশু সংক্রান্তি ওই। নিংথৌজম তোম্বুংগী কুম শক ১৮৭৩—শজিবু ৯মি নোংমাইজিংদা শজিবুগী পালোক ওইএ। ২০মি শগোনসেন্দা নোং হুপিং কম্না শিভু্না তাঙৈবে লোইশঙ হুৎদোক্লুনা তাঙৈবা ইবোমচাগী মৰমদা ভিজবমা য়াম্নি। অহু হুমিন্তা কোম্বুংগী হিজগাংম্ব তেকই। লৈহাও থাবমগী লৈহাও লাইওইবা উ অটৌবা অহুস্ত তেকই। মাহুদা লাইগী মন্দিম নন্দুনা ঈশ্বরগী মথুৎ মামা তেকই। থুমকী উ, বা, মুম, শজোই য়াম্না তেকই। ২৮নি শগোনসেন্দা লোইতাং থুমৌদা লৈবা থোকচোম মজীবু গায়োংকি পোইলা হাপই। অহু হুমিন্তা মোইরাংগী কম হেমাম শাজৌবু থাম্রাকপা, মাইরম চাওবীবু সেবাপতি অমুবু পুপ্রম্বা হাপই। কালেন থা নিংথৌকাবনা হুন্নি। ৩মি মুমশকৈশদা অকিংদা শিংজমৈদা মথা ময়েংবম লৈকাইদা ভংথেলবম ইবোতোংগী মুমদা লুট তৌহনা লুপা য়াম্না পুখি। মপুম্ব থাংনো য়ামমই। হুমিং অহুদা অষ্ট্রেলিয়াগী হাই কমিশনাম থুংলৈএ। হুমিদাংদা ম্না কোম্বুংদা লিলা থম্না উংলি। ১০নি মুমশকৈশদা কালেনগী সংক্রান্তি হোঁএ। অহু হুমিন্তা মজা ইবুংঙো সনাহল লুঙম থাংএ। ১৪নি মোংমাইজিংদা কোজেংবমগী অমুগী মচা মুপী চিত্রাদেবীবু শ্রীযুৎ মহারাজনা সনা কোম্বুংদা পুখংলি। ২১মি থাঙজদা অমুক্তা কোম্বুংগী শগোলশঙদা লৈবা শৈমা মোইরাংথেম ব্রজবাপু কৌবা মংলাক্লহুমা শি। শ্রীযুৎনা কর্ম তৌখি। ইঙা থা লৈপাকপোকপদা হংএ। ৩নি ঈরাইদা লাই পুখিমগী মফমদা শ্রীযুৎ ম্না থোংলেঙহুমা পুজা তৌকই। লাইগী ইংথোন্দা লৈবা মীবু থা ১গী মম্বুংদা চংথোকলো হায়মা তাকপিয়মই। ১২নি থাঙজদা ইঙাগী সংক্রান্তি হোঁএ। ১৩নি লংমাইজিংদা আসাম গভর্ণর সাহেব থুংলৈ। ১৫মি লৈপাকপোকপদা ম্না কোম্বুংদা দরবার তৌএ। ১৭নি শগোনসেন্দা মহারাণী শিলোংদা লেঙখি। ১৯নি থাঙজদা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেঙখি। ইঙেন থাদি শগোনসেমা হল্লে। ২মি ঈরাইদা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈ। ৯মি ঈরাইদা মমাও ইবুংঙো ম্না তোমগী হুপী হিজম নিংতোল ইবেমচাওবি লুহোংএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা তাঙৈবা লোই-শঙগী ইবোমচানা হুমিং মুংবগী পুং ঙৈবদা তুহুমা পুংথাইমুক হাইহএ। ১৫নি মুমশকৈশদা ইঙেনগী সংক্রান্তি হোঁএ। ২৭মি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎকী

পুনর্জন্ম থোকই শ্রীমৎ ভাগবত পুজা তৌই, ময়ুমদা ১ কাপই, লৈ'ইবদা ১ কাপই। হৃংখিন্দা মোমোহন শাই শকই। মুঙিদাং শ্রীযুৎ দরবার হোলদা লেঙথোকই। ময়ুমদা ১১রক কাপই। চীফ কমিশনরনচিংবা আসাম রাইফল খেও বঁবাই থৌদম তৌই। শ্রীযুৎনা মীয়ামতু থামা পিরেঙএ। অহিং অহু নোংচানবা কাওবা বাশোক শকই। থরাম থাদি ঈবাইনা হল্লে। ২নি থাঙজদা অহিংদা উচেকখোন খুন্নৌদা চুপী মমা মচা ২ মযানা থাংনা যান্দুনা মমাদি শিএ, মচাদি ৬ জুরদা পুরকই। মৌবগা শিএ। ৮নি ঈরাইগী মুমিং মুংবা মতুংদা নোংথাকপদা বোম্বুংগী হিজগাং থেকই। ১৫নি ঈরাইদা বোইরেবৈদা শ্রীযুৎ স্না খোংলেঙছুনা পাথংবা পুজা তৌই। ফুহিং লাকই। ১৬নি থাঙজদা থরানগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু মুমিত্তা মুয়াম লাংমৈদোংদা বিনমাধব কৌবা মিপা ১ থৌরি যান্দুনা শিএ। অহু মুমিত্তা কংলা স্নথোং মমাঙদা হৌথা থোংনাং ভরুং মথা ৪ লোংবা অহু মথা থংবা উ ভংথাই ১ মরু ফুকনা তুরে। ১৭নি নোংমাইজিংদা থাজদা লাইমিংবা কাংবুমা লাই নিংদবা মীগী মুম ৩৪ মৈ থাই। ১৮নি নিংথৌ-কাবদা থুমা থামাদা রিপোর্ট তৌহুমা আসাম রাইফল কুমহুনা লাই নিংবা কাংবুমু নোংমৈনা কাপ্তুনা মী ৩ শিএ। শিদবা মী ১০ কাহুমা লাইনিংবগী মকোক তিজেং অহু কারমদাইদা মামা মতুগা মচাগবু থংনা যাল্লমই। শিদে। লাইমিংবা কাংবু মী ৩৫ থামামা কারকই। ২৩নি ঈরাইদা মনি পণ্ডিৎনা কংলা উতুকমদা পুজা তৌরুইএ। লাংবন থাদি নোংমাইজিংমা হল্লে। ২মি নিংথৌকাবদা কংলা উতুকমদা শ্রীযুৎ স্না খোংলেঙছুনা অমুক হুমা পুজা তৌকইএ। ৮নি নোংমাইজিংদা পণ্ডিৎকা থামোন রতন ২গা পুলিস থানাদা থাংজেং পাথংবা পুজা তৌরুইএ। মহুদা স্না লুপা কোনথাই চনপদবগী লাইশোম হেক হৌবদা খুপাকগী কোময়াই অহু কৌক্র তম্না পাইখি। বামোয়া ঘট পুজা তৌই। অহু মুমিত্তা শ্রীযুৎনা লৈগ্রাম মুবাবু পণ্ডিৎ হাপই। অহু মুমিত্তা পিতুমদা মুপা অমা থৌরি যান্দুমা শিএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। ২০নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ তম্বুদা পুজা তৌবা লেঙএ। স্না মাথং মীতম উ পুজা তৌক হায়হুমা মদি পণ্ডিৎ মোইরাংথেম চন্দ্রসিং তম্বু হৌবা অসি চন্দ্রনা পুজা তৌরুইএ। হৌরকপদা শ্রীযুৎ মহারাজনা কনি লৈবগে ? ঐনা নিংবদি মমা অপাকপা উ ১ মনা অহুমা ১গা উ ২ লৈরিপনি নিংই হায়না স্না মাথং ভাকপিদবদা

লাইকম চৎলুবা মী পুম্নমক ওন্নরে। পণ্ডিৎশিংনা লাইকযদা ভৌরিবা খুমদশিং অম্ব ভশেংমো হৃদংলবদা স্না য়াথং অমুক হন্নু ভাবশিরে। অগ্র হজবনা মোংমদা ২রক হনবদি মহৌশা ভৌরক্তে হায়না হৃদংলুবদা স্না য়াথং মতুং নোংমাইজিং য়োত্রিভৈদা ঐ শিরবদি করম ভৌদি হায়রবদা অগ্র হজবনা স্না য়াথং লৈপাক ভাবা য়াদে কভবা পুম্নমক ঐদা পুরগনি হায়হুনা হুমিদাং অমুক কমা পুজা ভৌকই। ২৪দি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ শেবৌঘা লেঙই। হন্নকপদা মবুথৌ বাংবেন্দা কোনয়াই চন্নমই। অম্বু হুমিত্তা মমাং ইম্ফাল স্না কোম্বুংদা থুংই। মেরা থাদি লৈপাকপোকপনা হন্নি। ১৪নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ শিলোংদা লেঙথি। ১৯নি ঈরাইদা মেরাগী সংক্রান্তি হোঔএ। হিয়াঙৈ থাদি মুমশকৈশনা হন্নে। ৮নি লৈপাক-পোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজগ মহারাণীগা শিলোংদগী থুংলৈএ। হন্নক শ্রীযুৎনা শিলোংদা লেঙবা থোংফম অসিদা হোজাই খুদং ৩২না ঐথোয় মহারাজগী মী ওইকরগে। ঐথোয়গী খুদং অসিদা মহারাজগী স্না কোম্বুং ১ থম্মীও। মনিপুরগী স্না কোম্বুংগা মাম্নদা কত্তমগী হোৌদবী চৈরাপ, গারোং, ব্রহ্মসভা থম্মীযু হায়না হায়জহনা শ্রীযুৎমা ব্রহ্মসভাগী মকোক ১ হাপপিরমই। অম্বুদগী লেঙথোক্লত্তুনা স্না য়াথংনা চৈরাপ, গারোংকী মী থাহনা হোজাইদা লাইফম, থাফম, অহল্লুপ, দাহাল্লপ পানা ৪ থোক্লা থাইহনা চৈরাপ গারোং লোইশঙগী মকোক হাপলুইএ। মহুদা চৎপা মীদি মহুং চৈরাপকী হিজম ইবুংহোহল অহল্লুপ লাকপগা বিজয়া গারোংকী পাকচাও তুলিহন মেজোবগা লাইশ্রমচা চাওবা পোইলাগা চৎলুইএ। ১৯নি থাঙজদা শ্রীযুৎকা মহারাণীগা থৌগন মী ৩০ গা শিলোংদা লেঙথিএ। অম্ব হুমিত্তা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হোঔএ। পোয়হু থাদি শগোলসেন্না হন্নে। ২নি ঈরাইদা মহারাণী শিলোংদগী থুংলৈএ। ৪নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ শিলোংদগী থুংলৈএ। ১২নি নিং-থৌকাবদা শ্রীযুৎ ডিমাপুরদা লেঙথি। ১৯নি নিংথৌকাবদা পোয়হুগী সংক্রান্তি হোঔএ। ২১নি মুমশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজ ডিমাপুরদগী থুংলৈএ। বাকচিং থাদি থাঙজমা হন্নে। ৫নি মুমশকৈশদা অহিংদা শিংজমৈ মথা থৈয়েংবম লৈকাইদা লৈশাংথেম মীলোসিং কোবা নিপা চহি ৩০ তুমশং অমা মাগী ইমুংদা থৌমি য়াম্বুনা শিরমএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হোঔএ। অহ হুমিত্তা অমুক্তা মুহামাইএ। ফাইরেল থাদি নোংমাইজিংনা হন্নে, ১৫নি নোংমাইজিংদা থা শানা কংএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা হুমিদাংবাই

নোংপোক মৈয়মগী চিংথৈ পাংবা লৈচিন্দা হি শানা খুদম অমা থোকখিএ। মুমিৎ অহুমা কলেজ ছাত্রগা ওখাগা য়ানদহশা, ছ'ত্র-ছাত্রি মহাংনা আন্দোলোন চংপা লাউবদা ছাত্র ছাত্রি ১০০ রোম সিকাইনা কাহুনা জেলদা থনখি। ১৬নি লৈপাকপোকপদা ছাত্র ছাত্রি ১০০০ কয়না লাওয়ক্তুনা জেলদা থমখিবা ছাত্রশিংবু থাদোক্নবা দাবি লাওকখদা চিফাইংগী ইংবদা চিক ইনা কুহুনা ছাত্র ২০ মরুম মকোক কায়। সজিন্না থিন্দুনা ছ'ত্র ছাত্রি য়ায়া শোকই। ১৮নি শগোলসেন্দা কাইরেনগী স ক্রান্তি চৌএ ছ ত্রশি গী আন্দোলেন্দা মুমিৎ ২নি কৈথেল লেপই। ১৯নি ঈরাইদা নমবোল মনিং সেনাপতি শাখম লৈকাইদগী ভথেন্নম নিংথোল কবোবাকচিং ওংবী অমুম্না কৌবী ১ মপাম চংলুবা হলকপদা লৌবুক্তা থন অমোম অখুংবী[1] ১না বাইহুনা মপুক্তা চিক্লুনা হুগী অদু ২০নি থাওজদা শিরে। ২১নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ চাঙিথাম লেৎখি। লমদা থাদি লৈপাকপোকপদা হল্লে। অদু মুমিত্তা কক্নাই লাংপোক্তা লাইরেঙ্গন নিংথোল অমুবী কৌবী লৈশাবী ১ থৌরি য়ান্দুনা শিএ। ১৬নি মুমশকৈশদা শ্রীযুৎ থুংলৈ। অদু মুমিত্তা শাধু ১০ শ্রীগোবিন্দগী মাতোওা থুংলৈ। মথোয়না মৈগী হজ্জ কে ম, গোপ চৌই। থীয়াম য়েংলৈ। ১৮নি ঈরাইদা লমতাগী সংক্রান্তি চৌএ। অদু মুমিত্তা কয়েংদা অতোম নব কৌবা অমা ইংথোল অতৌবা অমা থোপলুপনগী খুমা য়াদহনা মৈমবদা মব শিরে। ২৫নি ঈরাইদা অহি দা তেনথবম লৈরক্তা থাবেংবম য়াগীগী ইমুংদা মাইপবম থাকেখম কৌবা মিপা পাখং ১বু হাওবম সহদেবগা ওক্রম মজীগা ২মা হাৎকুনা লৈরমলে। ২৮নি নোংমাইজিং মুমিংকী মুমিদাংবাইদা মুমিং য়ায়া ওাংই। লৈচিন অতৌবা নাপুনা[2] থোকই। শজিবু থাদি ইরশকৈশনা হল্লে। ৬নি নিংথৌকাবদা কলেজগী স্কুলগী ওবা ষেড লৌথোকপিবু ছায়বগী ছাত্রি ২ সত্যাগ্রহ তৌবা য়োই। ৮নি মুমশকৈশদা ছ ত্র ২মসু চউই। মুমিৎ ৬নি কৈথেল লেপই। ১১নি নোংমাইজিংদা হৈটনা সত্যাগ্রহ থাদোকই। ১৮নি নোংমাইজিংদা বিত সংক্রান্তি ওই। ককচিং লৈবেম্না চৈথাবা কুম শক ১৮৭৪—১৯নি নিংথৌকাবদা শজিবুগী পালোক ওইএ। ২৫নি থাওজদা মনি পণ্ডিৎজোমবু পণ্ডিৎ অচৌবগী থবক পুহজি। অদুগা লৈত্রাম মুবাবু পণ্ডিৎ য়াইমগী থবক পুহজি অদুগা

১। অখুংবী—মচা পোকবী

২। নাপুনা—নাপু মচুওা (হৈাম মপাল মচুওা)

জিলাথম ইবোতোন কৌবা চহি ১৩ তবা পাখং অমা থৌখি য়াম্লুনা শিগে তৌরিবৈদা মীনা কংহুনা থৌখি থাংনা য়ানখংতুনা কললে, শিরে। থৌরাম থা কুমশকৈশনা হল্লে। অহু কুমিস্তা হাওবম মরক্তা তাংবম অচৌ কৌবা ছাত্র ১ ঈশিংদা লুপখি। ২নি শগোনসেন্দা লাংথবান্দা তাউহুনা কাই। ৩নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ কংলাদা মবুথৌ পাখংবা পুজা তৌই। ১৫নি লৈপাক-পোকপদা থা শানা কাই। ১৬নি কুমশকৈশদা বেরাই কীর্ত্তন হজিরকপদা শ্রীযুৎনা থোল থোক্লি। থৌগম পুং ৩৫ গা লোয়নহুনা বিজয় তৌই। লুপা লুপী পালা ৩০না অহিং লুংথিল লেপ্তনা নাম শোনখি। ১৮নি ঈরাইদা লুংলেং পুরিদা শ্রীযুৎ লেওহুনা খয়োম লাকই। ২৪নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎকী-মদক কংলাদা পুজা তৌই। ২৭নি লোংমাইতিংদা থবানগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৯নি লৈপাকপোকপগী অহিংদা চরাংপাংতা মুতুম তোম্বা কৌবা চহি ৭০ তবা লিপা ১ যক্লোনগী থাকেন্দা থৌখি য়াম্লুনা শি। থা অসিদা মণিপুরদা চাক য়ায়া তাংই। কৌ শংবাইদা লুপা ১২, শি। হৈটনা ৫জা কৌ লৈবা ইমাক থুমবশিংদগী চুম নমহুনা কৌ মন্দা লুপা ৬, তা লৌরগা প্রজাদা লুপা ৬ তা য়েনবি। লাংবন থাদি শগোনসেন্না হল্লি। অহু কুমিস্তা শ্রীযুৎ মহারাজনা লৈত লাইরশিংদা যেনবিয়ু হায়হুনা হৈটতা লুপা ৫০০০, দান তৌই। ২২নি কুমশকৈশদা মনাও ইবেম্মা অপাম্বী অহম্না মচা ইবুংতো অমা পোকএ। তোপ ৩জক কাপই। ২৮নি কুমশকৈশদা লাংবনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু কুমিংতা শ্রীযুৎ মহারাজ নিংথৌখোংদা লেংহুনা গোপীনাথদা উৎসোব কংলি। মীয়াম চাক পিরে। থাশি ঈরাইদা স্না কোম্লুংদা ত্রিপুরাগী চীফ কমিশনর লাক্ত,না রাসমচিংবা কপ্তমগী লিলা উংলি। মেরা থাদি থাওজনা হল্লে। ৬নি শগোনসেনগী অহিংদা কুহারাই। ৮নি থাওজদা শ্রীযুৎনা চিংমৈরোংদা লৈবা মাম্বেম কাহ্লাইবু শত্রু শত্রলাকপা ওইবদগী লেরান হাপই। ১৫নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ মহারাজনা বিজয়পুর কোইরেঙৈদা পুথি হোংই। ১৮নি নিংথৌকাবদা কুহারাইএ। ১৯নি লৈপাকপোকপদা কন্তমিগী তুকাম মহুংদা গুহা তৌবদা ঈশিং পেরে কাপথংলকই। ২৩নি থাওজদা ঈশিং চাওহুথা কুম য়ায়া থুমই। কুম তেকই। অমসুং কৌ য়ায়া শিএ। ঈশিং থুবা প্রজাশিং চেং কংদহুনা য়ায়া বাই। ঈশিং থুবা মকদা হৈটনা চেং য়েন্নি। থাশি মোং থাওজদা মেরাগী সংক্রান্তি হৌএ। হিয়াঙৈ থাদি লোংমাইতিংনা হল্লে। ২নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎনা মবুথৌ মাজিংদা

শগোল ১ কংলি। ৫নি শগোলসেন্দ[1] ভারতকী প্রধান মন্ত্রি জবাহরলাল থুংলেএ। মুমিদাংদা সনা কোন্থুংদা শ্রীযুৎনা খাম্না পিজৈ। অতুগা কুমৈ অমাম্বা য়েংহল্লি। ৭নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মপা ইবুংঙোনা থুমেৎ ওইরম্বা শগোল মোড়া পিএ। ১০নি লৈপাকপোকপদা ভারতকী চীফ কমাণ্ডর থুংলে। ১১নি য়ুমশকৈশদা সনা কোন্থুংদা দরবার তৌই। ১৫নি থাঙজদা শন্ডাইশেল পাইএ। ২১নি ঈরাইদা মুহারাইএ। থাশি নোং নিংথৌকাবদা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি হৌএ। অমু মুমিত্তা শ্রীযুৎ মহারাজগী শগোল কবং অহিংবা পিএ। পোয়রু থাদি লৈপাকপোকপদা হল্লে। ২নি য়ুমশকৈশদা মহারাণী রাম মগরদা লাইয়েংবা লেঙখি। ৫নি থাঙজদা সনা কোন্থুংদা ভারতকী ব্রিগেদিয়ার কে ভাগবতি ইনস্পেক্টর জেনেরেল ওফ আসাম রাইফলস সাহেব লাকুনা মিতিং তৌই। মুমিদাংদা শিলা তৌই। ১২নি ঈরাইদা মুহারাইএ। ১৬নি লৈপাকপোকপদা ভারতকী ডাক্তর কৈলাসনাথ কাটজু থুংলে। মুমিদাংদা শ্রীযুৎনা খানা পিজৈ। শিলা মথম মথম য়েংহল্লি। ২০নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজগী শগোল রাইশদা গুরু অরিবম বাসুদেবনা তোংলমত্থনা শ্রীযুৎ মহারাজনা কৈজোম ১ পিত্থনা থাখি। ২৭নি নোংমাইজিংদা শ্রীগোবিন্দজিউগী সন্ধ্যা পৌরি ঈশৈদি হৌরবা মর্তিদি কত্রিত্তেদা থিজবা গায়োংকী থোগন ভা অবাংলমদগী মকু ১ পাইরকুনা মিমিট অমমোম ভা মত্তোন্দা তোংই। অমুক অবাংলমদা পাইখি। ভা থোগন তৌবা শমোক-থাইবম মলসিং পোইলা থোগন চ্যেকশিন্দে হারত্থনা মকম ইথখি। ২৯নি লৈপাকপোকপদা পোয়রুগী সংক্রান্তি হৌএ। বাকচিং থাদি শগোলসেল্লা হল্লে। ৮নি য়ুমশকৈশদা পণ্ডিত লোইশঙদা মকু ১ চঙই। কাত্থনা হৌদবী তৌখি। থাশি নোং শগোলসেন্দা বাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। কাইরেন থা ঈরাইদা হল্লে। ১৫নি শগোলসেন্দা থা শানা কংএ। ২৮নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ শিবরাত্রিগী গৌড় মগোরদা লেঙখি। ২৯নি ঈরাইদা কাইরেনগী সংক্রান্তি হৌএ। থাশি থাঙজদা মুমিং শানা কংই। লমদা থাদি থাঙজদা হল্লে। ১২নি য়ুমশকৈশদা মুহারাইএ। ২৫নি লৈপাকপোকপদা লৈমপোকপম বস্তিদা অশংবী তৌবি লৈশাবী ১ থৌরি বান্দুনা পিএ। ২৭নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ মহারাজনা গৌরনগরদা মাঙোপ হোতএ। মুমিদাং রাস কংলি। থাশি নোং নোংমাইজিংদা লমদাগী সংক্রান্তি হৌএ। অমু মুমিত্তা শ্রীযুৎ পোড়মগরদগী

১। তাং ২০। ১০। ১৯৫২ ইং।

লেঙখৎলকএ। অদুগা হিরাংখোংদা বাসন্তী পুজা তৌবা লেংথি। শজিবু থাদি নিংথৌকাবনা হল্লে। ৭নি লংমাইজিংদা তোপতা অমাং ১ ঈশিংদা তাহ্নবা শিএ। ১০নি থাঙজদা[1] ভারতকী প্রধান মন্ত্রি জবাহরলাল নেহরু থুংলেএ। ১৪নি নোংমাইজিংদঃ বর্মাগী প্রধান মন্ত্রি উনু থুংলে। মন্ত্রি অনি চাম্রবগী মিচিং তৌই। অদু থুমিত্তা মন্ত্রি ২গী মথাঙদা শ্রীযুৎ মহারাজনা হি তোংই। অহুমূপ লাইফমদা বাংখেম ইবোহল শেন্দুংবনা তেংমাই লেপই। নাহারুপ থাকথদা হুইরেম লালা শেন্দুংবনা তেংমাই লেপই। অদুগা থুমিদাংদা লিপা তৌই। ১৯নি ঈরাইগী থুজিদাং পু ৭তা নোংমাইজিংদগী কোত্র পাংনা মৈবুন পাইখি। ২২নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ গৌরনগরদা লেঙখি। ২৩নি লৈপাকপোকপদা শ্রীগোবিন্দজীউগী ভাণ্ডারি লোইশঙদ মমাং সাজু ১গা কাছারদগী লাকপা কুলাপসিং কৌবা মুপা ১গা মাংখ্র ২মক থাংনা মারহুনা ২মক ইমু নাইমু তানৈ। ২মক থানাদা পিখি। ২৭নি থাঙজদ শ্রীযুৎ গৌরনগরদগী থুংলে। থাদি নিংথৌকাবদা শিঙ ১ কাংথিও তম। অদু থুমিৎ থুমিদাংদা মুহারাইএ। মনাও ইবুংতো অভৌম্বানা থেংজেংবন্দ চমু লনিতাগা লুহোংখ। অদুগা শ্রীযুৎ মন্দির কংপা গৌরনগরদা লেঙখি। অদা অমুক লেঙখৎলকই॥৩॥ ককচিং বাইহি মাইমনা চৈথাবা কুম শক ১৮৭৫— লৈপাকপোকপদা শজিবুগী পালোক ৬ইএ। মলমাস ৬ই। অদু থুমিত্তগী ম্না মাথং মতুংইদা শ্রীগোবিন্দগী মাঙোগ্ৰা মহাভারত মকোক্তগী তৌনা ভাবা হোএ। ৩নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ মহারাজ কংলাদা কেঙশিন্দুনা মবুথৌ পাথংবা পুজা তৌই। অদুগা পাউতাক ইরেন্দা মুচিং লাবই। মুংকেং মচাদা কোমরাই চরি। ৫নি থাঙজদা শ্রীযুৎ মহারাজ মদুথৌ মাজিংগী থুকমদা লেঙহুনা পুজা তৌকই। ৬নি নোংমাইজিংদা মমাং ইম্ফাল বাংত্রেনগী লৌকম লোদোনপুংদা ঈশিং পেরে কাওরে হায়রহুনা শ্রীযুৎ মাওমা পুজা তৌকই। ১৩নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ থাঙদা লেঙই। ১৩নি ২ পারি। ১৩নি নিংথৌকাবদা ককচিংদা গে চিংমুম হুথোংগী লই মলহৌবদা মৈ হোহুনা লাইশঙ, মাঙোপ, লাইনচিংবা চাবই। মুমজাও ১১ শঙোই, শঙোল পুম্না শঙ ৪৮ চাকই। কৌনচিংবা পোং মামা চাকই। ১৪নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ মহারাজ ম্না কোম্ংদা থুংলৈ। ১৫নি মুনশকৈশদা শ্রীযুৎ গৌরনগরদা লেঙহুনা ত্রম্ব থুংলোন তৌকই। ১৬নি শগোলসেন্দা ব্রিগেডিয়ার কে ভগবতি

১। তাং ২৮। ৩। ১৯৫৬ ইং।

সিংহ ইনস্পেক্টর জেনেরেল এক আসাম রাইফলস থুংলে। শ্রীযুৎ মহারাজগা য়া কোন্নুংদা যিতিং তৌই। ১৭নি ঈরাইদা শ্রীযুৎনা য়. কোন্নুংদা ইনস্পেক্টরনচিংবা মীয়াম খাম্না পিরে। ১৮নি থাঙজদা শ্রীযুৎকা ইনস্পেক্টরগা মোইরাংদা লময়েংবা চৎলি। অহু য়ুমিত্তা শ্রীগোবিন্দজী মাংত্তোগ্তা মহাভারত ভাবগী আসন মথাদা লিন মচা ১ লৈরমহুনা পত্তিৎ ১মুং মাইথীনা হৌনবী তৌহুনা চৎহনখি। ১৯নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ ১মুং জেনেরেল ডিমাপুরদা লেংখি। ২১নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ য়া কোন্নুংদা থুংলে। ২৩নি য়ুমশকৈশদা মনিপুর ষ্টেট কঙ্গ্রেসনা এডভাইজর কাউন্সিল কয়া হৌএ। অহু য়ুমিৎত্তা প্রেয়া শান্তিগী মী হাওবম মমতুগী ভাঙোম কবোকলৈনে, ভাংরুংখোজুগী শারুংবম নিংতোল থয়ালনে. লাংপোক্তগী থিয়ামচা জোয়েমে, চজিং কায়ামথগী খোম্মা সিংনে মী ৪ অসিনা এডভাইজরী কাউন্সিলগী মী সিনাবচা কৃষ্ণ-মুহোনবে বানম থিজমনিমে ২মকপু পাংদে হায়হুনা সত্যাগ্রহ তৌই। অহু য়ুমিৎত্তা মুকথ্রবী য়াম্না পাই। ২৪নি শগোনসেন্দা য়ুংশিৎ কয়া শিত্ত্রনা, য়ুম-কৈ য়াম্না তেকই। ২৫নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ গৌরনগরদা লেংখি। ২৯নি লৈপাকপোকপদা শ্রীগোবিন্দজী লাইশঙ অকোয়বদা ঊ তাই। কালেন থাদি শগোনসেন্না হনলে। ২নি ঈরাইদা কালেনগী সংক্রান্তি হৌএ। অহু য়ুমিত্তা শ্রীগোবিন্দজী মাংত্তোগ্তা মর্ণ কাণ্ড অমা শিরমএ। ১২নি নিংথৌকাবদা মচা ইবুংঙোহল লাইমিং লৌএ। অহু য়ুমিৎত্তা নুংগোংই। অহু য়ুমিৎত্তা শ্রীযুৎনু ককচিংদা লেঙই। ১৩নি লৈপাকপোকপদা লেঙথংলবএ। অহু য়ুমিত্তা মোইরাংদা থাংজিং হয়াওবা লেঙই, ভয়া লেঙথংলকই। ১৯নি নিংথৌকাবদা নাথৈবাকপম দীনচন্দ্র পত্তিৎ য়াইমা লৌখৎলি। ২০নি লৈপাকপোকপদা অমাকচম চাওবা সিং পত্তিৎ অচৌবা লৌখৎলি। ২১নি য়ুমশকৈশদা শ্রীযুৎ য়া য়াথং খোংঙামচা মাধবসিং পত্তিৎ নাহারু মপা ইবুংঙো য়া হাকতক্তা য়া থোগম তৌরথনি হায়হুনা লৌখত্ত্রমা হায়গী মকথদা হজিনহন্নি। ২৪নি থাঙজদা থাজদা অতৌথি মাইবী অতম্মীনে, নাথৈবাকপম দিনচন্দ্রনে লাই শুকথা চৎলে। ২৭নি নিংথৌকাবদা তোঙ্গপুংদা পত্তিৎ অচৌবানা শ্রীযুৎকীদমক পূজা তৌই। অহু য়ুমিত্তা পুখ্রমলথম মনিনা পত্তিৎ লোইশঙগী চার্জ শিরমহুনা য়ুমথে। ২৮নি লৈপাকপোকপদা হিজগাংদা থম ১ শিরমএ। ইঙা থাদি ঈরাইনা হলে। ৪নি নিংথৌকাবদা ইঙাগী সংক্রান্তি হৌএ। ৫নি লৈপাকপোকপদা চিংঙামথাদা লাইতোমজম মিপা

১ লৈহাও হেকপদা তাহনা পিএ। ৭নি শগোনসেন্দা ময়াম লৈকাইদা লৈথা ময়াম শনথিনবম অমুবীসিংনচিংবা শাগৈমা শ্রীযুৎ ম্না চন্দ্ৰা শাগৈগী পিবা তাকপিয়ু হ'য়না হজৎপদা ম্না য়াথং পণ্ডিৎ লোইশঙদা পিথে কুপা বৃন্দাবন পুরান হেৎখদা অমুবিনা পিবা ওইকম থোকই হায়দুনা ম্না চন্দ্ৰা হজত্তুনা শ্রীযুৎনা অমুবিবু পিবা হাপথ্রে। অদু হুমিৎতা ককচিং থুনৌদা মচানা মপাবু হাৎতুনা পুথৎলকএ। ১০নি নিংথৌকাবদা অতৌবি মাইবী অম্বমীগা সনসম হুজো সেনাকহনবগা শ্রীযুৎকী মক ইথাই কৌওইবীদা ম্না লুপাং কৎলুইএ। তম্না হল্লকএ। শ্রীযুৎম্ অদাং কৌত্রদা লাই থুরম্বা লেন্নই। ১৩নি শগোনসেন্দা ময়াম অমুবিনা ময়াম শাগৈগী পিবা ওইরে হায়দুনা শ্রীযুৎতা প্রনামি কত্তুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলে। চৈরাপ গাবোং, পণ্ডিৎ লোইশঙদা প্রনামি কত্তুনা চৈরাপ গাবোং বুনহুনা পিবা ওইবগী শাগৈ চাক থাংহনা লোইখ্রে। ১৩নি শগোনসেন্দা অঙ্গিংদা থাওরোইজমদ হৈক্রুমদা ইবোমচাগা থুইরাকপমচা হূপী থম্বিতোনগা মথোং মথুং পুনশিন্নুন, পুৰিদা শিথিরমএ। ১৫নি থাঙজদা শ্রীবিজয়গোবিন্দগী মন্দির শ্রীযুৎনা হোয়হনা কৎলি। ২৫নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ সেকমাইদা লেঙই। তম্না লেঙথৎলকই। ২৬নি লৈপাকপোকপদা শ্রীজগবন্ধুগী কাং শাবদা তারক্তুনা থিঙ্খি ৩ লোকই। ২দি ডাক্তরদা পুখি। ২৭নি মুমশৈকপদা মহাভারত তাবা লোইএ। ২৮নি শগোনসেন্দা রামায়ন তাবা হৌএ। ইচেম থাদি লংমাইজিংনা হল্লে। ৫নি শগোনসেন্দা পিতম মনিংদা ওইনাম মচা মিপা ১ মংলাকহুদা পিএ। অদু হুমিত্তা উচেককোন্দা অমাকচমচা ১ ঔপিংদা তাহনা পিএ। ৬নি ঈরাইদা ইচেনগী সংক্রান্তি হৌএ। ৮নি লংমাইজিংদা কাপ্তোপণী পোংশঙবম তোম্বা অদাং সেকমাই কৌত্র লাইকোন্দা থৌমি য়াম্মুনা শিক্ৰমএ। ১৫দি লোংমাইজিংদা থা শানা কংএ। ১৭দি লৈপাকপোকপদা ওইবামচা মহুগী শোমাং শ্রীযুৎনা সমা কোম্মংদা শোনবী অদু হুমিৎতা লোংয়াই মতুং মিনিট ১৫দা মনাওইবেম্মা থুইরাকপী মাপীনা মচা ইবুংগো ১ পোকএ। থাদি লোংমাইজিংদা শ্রীযুৎনা ইবেম্মা কাদিমাইদা থাং ১গা ত্রিতল ১গা শকয়েং মিংশেল থোংনাইবা ১গা থাংচেৎ নমথাংগা কৎলে। থরাম থাদি নিংথৌকাবদা হল্লে। ৬দি লোংমাইজিংদা থাজা চাং কিম্বরে হায়দুনা মতুম হজবনা শ্রীযুৎতা হজংলে। ৭নি নিংথৌকাবদা থরানগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু হুমিত্তা তত্তুনা থাংবমেন ইমাংপা মাইমোকপমচা

কীর্তন অধিবাস হৌবদা শ্রীযুৎমা কিমাল চত্র মথেৎল ৯ তবা ৬৪ কৎলি। অদু তুমিত্তা য়ুমাথ লালসিংবু শ্রীযুৎনা শ্রীগোবিন্দজিগী হুজোম হাপএ। ২২নি ঈরাইদা থুরাই বাংখৈ, খাই, য়াইস্কুল মেমদোংকম ৪মকত' লাই থুরুমএ। ২৩নি থাঙজদা শ্রীযুৎ কৌক্র থুরুমএ। তম্না হল্লকএ। ২৮নি ঈরাইদা খোংজামচা মাধবসিং পণ্ডিৎ মাওবেমচা অমুবাই পণ্ডিৎ ২না চত্তুনা হাওচোংদা লাই থুরুমএ। ২৯নি থাঙজদা থাবম পনলেন্দা লাইথুরুমএ। পোয়ম্ভ থা লিংখৌকাবনা চল্লে। ২মি লৈপাকপোকপদা শ্রীগোবিন্দ ইতিহাস তাবা লোইএ। ছমনি য়ুমশাকৈশদা বলদেব তাবা চৌএ। ৭মি নোংমাইজিংদা থাজ চীং নিংথাইবগী চীং লিংখৌদ' শ্রীযুৎ স্না খোংলেঙ্গনা ইরোই অচৌবা ১ কৎলে। মাচৈবাকপা লিনচন্দ্র পণ্ডিৎ, লৈমপোকপা জুবা পণ্ডিৎ ২না কৎলে। ১০নি লৈপাকপোকপদা য়থাং ইম্ফালদা লেংখৎকত্তুনা কৈএ। ১১মি য়ুমশকৈশদা পোষমুগী সংক্রান্তি চৌএ। ১৩নি নিংথৌকাবদা হেলথ মিনিষ্টর রাজ কুমারী লাকই। ১৭মি লৈপাকপোকপদ' চৎখি। ১৯নি শগোমসেন্দা খোইদিংজম গৌডমনি লেজুংবু পার্মেল এসিষ্টেন্ট হাপই। ২১নি থাঙজদা বলদেব তাবা লোইএ। ২২নি নোংমাইজিংদা গোবিন্দ লিলামৃত তাবা চৌএ। ২৪নি লৈপাকপোকপদা কুম্বাইলাংপম লালকাক্কাই পাজি শঙলাকপা লিচুমা অস্তিনক্কুমদা বাঁবাই, বেংগুন, বম, তোপ থাবিএ। ২৫মি য়ুমশকৈশদা শ্রীযুৎ লেঙথংলকএ। তম্না লেঙখি। ২৭নি থাঙজদা মমুংলোমদগী জে, বি মাত্তালঙ্কার থুংলৈ। ২৮নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ থুংলৈএ। অমুক পুং ৮ তাবদা শ্রীযুৎনে মাত্তালঙ্কাবনে শ্রীগোবিন্দ থুরুমই অচুদগী দরবার চৌএ। হাকচিং থা য়ুমশকৈশনা হল্লে। ৪মি ঈরাইদা হুকান্দারমা কৌ লৌবা থিংএ। ৫নি থাঙজদা লালকাঙ্কাইগী শোরাং শ্রীযুৎনা স্না কোম্বংদস্তু শোল্লে। ৬নি নোংমাইজিংদা কাকৈথেলদা নম্বোলগী থৌদাম মচা ১ হবাগ'ডীমা হত্তুনা শিএ। ৯নি য়ুমশকৈশদা শ্রীযুৎ লেঙথংলকএ। ১১নি ঈরাইদা হাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ১২নি থাঙজদা শ্রীযুৎ কৌক্রদা লেঙখিএ। ১৩নি নোং-মাইজিংদা পণ্ডিৎনা তোকত্তা লাইরেম্মা থুরুমএ। ১৫নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ লেঙথংলকএ। ১৬মি য়ুমশকৈশদা মহাবলিদা শ্রীযুৎকী য়াইকমবা মযুথৌ পাথাংবদা মাচৈবাকপমচা লিমচন্দ্র পণ্ডিৎ খোঙামচা মাধবসিং পণ্ডিৎ মাওবেমচা অমুবাইসিং পণ্ডিৎ ৩মনা পুজা তৌএ। ২০মি নোংমাইজিংদা মেলা হৌএ। অদু তুমিত্তা মোইবাং শম্বোং মাইকৈ ঙাকপা, খোংজামচা মাধবসিং পণ্ডিৎনে

মোইরাংগী হেমাম শাজৌসিং থাজাকপনে, মাইরম লৈমচাওবি সেনাপতিনে চত্না ইরাথনে। মোইরং মরিং নোংপোক খোজেন ভাকপদা দিনচন্দ্র পণ্ডিৎনা চত্না পুজা তৌকই। নাওরেমচা মুরাই পণ্ডিৎনা চত্না ইরাংলুইএ। ২৬নি থাংজদা শ্রীযুৎ মহারাজগী চীফ কমিশনরগা দরবার হোলদা দরবার তৌই। ২৭নি মোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ মহারাজকুমার মমুথৌ মাখিংদা নাথৈবাকপমচা দিনচন্দ্র পণ্ডিৎ লৈমপোকপম জুবাসিং পণ্ডিৎ নাওরেমচা মুরাই পণ্ডিৎ ওননা ইরাংলুকএ। ২৭নি নোংমাইজিং অসিমক্তম মেলা লোইএ। শকাব্দ ১৮৭৩ দা শ্রীহিমৎসিং কমিশনরদা মেলা তৌবা মতমদদি সিনাম কৃষ্ণ মুহোনসিং, সনাম তোমবীসিং, খাখোম জিজমনি, লাইশ্রম যুগেশ্বর মখোয় অসিনচিংবা কজেন্সনা মেলাদা টিকেট লৌহনা তৌই হায়রুনা মেলা ২মক তৌরগা হন্নবী কমিশনর আর, পি ভার্গবনা তৌবা মেলা অসিদি হায়রিবা নিপা ৪ অসিনা এডভাইজর ওইরবা মতমদি টিকেট মমল অনা লৌবা, শিঙ্গি লৌবা, মথাই লৌবা, লুপা লৌবা তৌহনা লৈপাকী অমবো কান্দা লৈপা তিংহন্দুনা মাহল্লি হায়রুনা প্রজাগা মখোয়বু চৈথি। কত্তবা মীসি হায়বা মখোয়বু ভাংমথি। ২৮নি নিংথৌকাবদা মোংজা কোইরেংদা লৈবা কুপথুপ খুনাকপা থাংচুল লুপলাকপ, সিলেংশিন মল্লি, তিলসাং মল্লি মখোয় ৪দা থামেম চৎপা মনা পিখিথিএ। অহ্ কুমিতা শ্রীযুৎকি চলাংতা লেৎথি। ২৮নি নিংথৌকাবদা গোবিন্দ লিলামৃত তাবা লোইএ। ২৯নি লৈপাক-পোকপদা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত তাবা চৌএ। কাইরেম্বা শগোলসেন্না মক্রে। ৭নি হুমশকৈশদা চান্না পণ্ডিৎ ওইরমবা মোইরাংথেম ইবোচাওবাসিং পণ্ডিৎ অচৌবা ১মুং থুমনলম্বম মনিসিং পণ্ডিৎ ২ অসিনা তমবা চৈথারোল কুম্বাবা অসি লানে হায়হনা শ্রীযুৎ স্না মাথং অমুকহক্তা শিল্লু হায়হনা অমানবমখৈ দিনচন্দ্রসিং পণ্ডিৎ মাইমগা মাধবসিং পণ্ডিৎকা শিনশিনবা চৌএ। ৮নি শগোনসেন্দা শ্রীযুৎ মহারাজ কাংপোকপিনা লেতই। তন্না লেতথংলকই। ১০নি ঈরাইদা শ্রীযুৎকী শগোল মাইশা শিএ। অহ্ কুমিতা হাইরাম শগোইজাওবু শঙও শওলাকপা হান্নীএ। থামেমচৎপা কৈজোম মেশম কুবিং নমথাং থুঙ্গলং, স্না খুজি মনা পিখিএ। ১১নি থাংজদা কাইরেমগী সংক্রান্তি হৌএ। ১৪নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎ গোভনপখদা লেতই। ২০নি লৈপাক-পোকপদা শ্রীযুৎ থু লৈএ। ২১নি হুমশকৈশদা পিজীদগী রাজেন্দ্র প্রসাদ মনিপুরদা থুংলৈএ। অহ্ কুমিতা শগোল মাইশগী শোবাহ শোন্নি। থোঙ্গাম

বৈথোপসিং পোইনা বযবুনা কাপ্পা চিনবাল পোকএ। অহু চুমিদা থোংবাম চাওবযু থাকম পানাপ্পি দেওন হাপশিএ। খা কুমিদা লমমৈনা চাকুনা মী ৩ শিএ। কুমিদাং দরবার থোলদা রাজেন্দ্র প্রসাদ লাবকুনা মৈতৈপী জগোইরাস, থোইবাং পর্ব, মৈতৈপী পুং, ইশৈ, কুপৈ তৌদুনা শ্রীযুৎকী সাহেবকা কুপৈ থেংমিনৈ। ২২নি শগোলসেন্দা বে ল্ ম থৈরখাপ শিএ। তাঙকনা বম, তোপ, বাঝাই, বেজুন, কাইবেং কাইজাও শ্রীযুৎনা থাদিএ। ২৩নি ঈয়াইদা শ্রীযুৎ গৌবনগরদা লেঙখি। ২৫নি নোংমাইজিংদা শ্রীযুৎকী শগোল খুমেৎ থোরা শিএ। ২৬নি মিংথৌকাবদা থোংবাম বেথোপকী অহিং লৌখৎপদা শ্রীযুৎনা প্পা কোমুংদগী খায়ু, দোলাই, বম, তোপ বাঝাই, বেজুন শ্রীগোবিন্দজী পালা, মঙোল ইমুংতা সেনাপতি-১ ম যু তোংদুনা অহিং লৌখৎখি। ২৯নি শগোলসেন্দা থোংবা চমথা ইরেন্দা পাম্বেগী খন কাওদুনা খুদম তৌদুনা শ্রীযুৎনা পঙ্গিৎপু ইবাংহল্লি। থাদি নোং ঈয়াইদা কংলাদা শ্রীযুৎ সাওনা লেঙদুনা পঙ্গিৎনা মবুথৌ পাখংবা ইন্নাংলে। লমতা থা থাঙজনা হল্লে। ৫নি লৈপাকপোকপদা থোংবাম বৈথোবকী শ্রাদ্ধ শ্রীযুৎনা প্পা কোমুংদা শোমখিএ ৬নি যুমশকৈশদ শ্রীযুৎ পাপদা মকু ইমুংথোপী শোরাং লেঙই। ৭নি শগোলসেন্দা লেঙখৎলকএ। ৮নি ঈয়াইদা প্পা কোমুংদা ভারতকী পঙ্গিং ঐই কমাণ্ডর পুংলৈএ। ১০নি নোংমাইজিংদা চৎখিএ। অহু চুমিদা খংজিং চীংঝাওদা মবুথৌ খংজিং ইবাংপা পঙ্গিৎ থোইশঙপা, থোইবাং শাজো খংম্বাকপদা চংনা শ্রীযুৎকী পুজা তৌরম্‌। থাগী চাইশেন ১ কৎলমই। ১৭নি নোংমাইজিংদ শ্রীযুৎ গৌহমগরদা লেঙখিএ। ১৮নি লৈপাকপোকপদা মুহারাইএ। ২০নি যুমশকৈশদা শ্রীযুৎ লেঙখৎলকএ। ২২নি ঈয়াইদা শ্রীযুৎ গৌহমগরদা লেঙখিএ। ২৬নি লৈপাকপোকপদা লেঙখৎলকএ। ভদা লেঙখিএ। শজিবু থাদি নোংমাইজিংদা হল্লে। ৬নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ হিরাংখাংদা লেঙখিএ। ১১নি লৈপাকপোকপদা লেঙ-খৎলকএ। বিযুব সংক্রান্তি ওই। ওইবাম অমুজাওবা চৈথাবা কুমদি শক ১৮৭৩ শজিবু থা ১২নি যুমশকৈশদা শজিবুগী পালোক ওই। অহু চুমিদা শ্রীযুৎ মহারাজনা সংকল্প চহি ১ লাইনিক তাবা লোইদুনা উৎসব কৎলে। অহু চুমিদা শ্রীযুৎ হিরাংখাংদা লেঙখিএ। ১৩নি শগোলসেন্দা থবিদা বাহেংবম মচা কুমোন কৌবা পাখং ১ থৌরি হান্দুনা শিএ। অদুগা চৈথোঙ্গাকপক কুমোমশিংবু শ্রীযুৎ মহারাজনা শ্রীগোবিন্দজীগী পালাযাহাগী

পূজা কৎলে। ১৪নি লৈপাকপোকপদা কৈরেং থোংথো খুম্ৰাকপা মাইরমচিংবা খুনগী থো থকী অ হ 'শাংবম ভোম্বনিংবা খুনগা' লাইরম হোংবা হোৎনবী মরীদা থৎনবদা হোংব। মাদে হাকহনা থো থাগী খুম্ৰাকপম মাইরমনচিংবনা ঙমখ্রে। ১৫নি যুমশকৈশদা ইঙাগী স ক্রান্তি হৌএ। ১৭নি ঈরাইদা শ্ৰীযুৎ ককচিংদা মবুথৌ ঈথৎনিংথৌ পুকম্বা লেঙএ। ভমা লেপথৎলকএ। ২২নি যুমশকৈশদা শ্ৰীযুৎ শিংকৈ বামন লালহৌবগী মুমদা মাস য়েংএ, ভমা লেঙ- থৎলকএ। ইংঙন থা শ গানসেম্বা হল্লে। ২নি ঈরাইদা বামন হৌবগী শোরাংতা শ্ৰীযুৎনা পুং থোক্লি। ৪নি লংমাইজিংদ শ্ৰীযুৎ কৌক্রদা লাই খুম্বা লেপই। ভমা লেপথৎলকএ। লুক্রাম বকুলসিংবু শ্ৰীযুৎনা শেলুংকগী পুংখৈবা চঙবা হাপই স খুজি তাম থাংন চৎপা মনা পিবি। ৮নি শগোলসেন্দা চিংথৈ-বোং পুখ্রিদা ভম্ মাম্বা শিন্থনা হাংখৎলি। ভহুগী শ্ৰীযুৎ সনা য়াথং চৈথারোল কুম্বাবগী চেনা ৫৫০ শুবা অসিগী চেনা ৭৬২দগী ৭৯৮ শুবা কাওবা অসি কস্ত.ব. শিন্দোকপ হায়না দিনচন্দ্র পণ্ডিৎনা শিন্দোক্লএ ৯নি ঈরাইদা বাংখৈ কোংমপাল লাইশ্রম লৈকাইদা নিংথৌখম অঙৌতোমসিং, চনম নিমাইসিং, কৈশাম চাওবাসিং অসিনচিংবা পামখৈবা চরিত পুরান মৈ থাবা হায়বা লিলা অসু শারবদা বাংখৈ লাইশ্রম লৈকাইদা লৈবা কোক- ভাংম্বা সহদেবম্বা ২নচিংবা নিংথেমমচা মথৈনা শারবা মাদে লাল্লি হায়দুনা শ্ৰীযুৎ সনা চরন্দা চে কত্না সনা য়াথং মতুং ইন্না বীরচন্দ্র প্রাইভেট সেক্রেটরীনা পণ্ডিৎ লোইশঙদা লানবগী চুম্বা হায়না হংলকুনা য়েংলবদা মাংমৈরাবপমচা দিনচন্দ্র পণ্ডিত লৈপোকপমচা জুবা পণ্ডিত থোঙামচা মাধপ পণ্ডিত, নাওরেমচা মুম্নাই পণ্ডিৎকা পণ্ডিত ৪মনা লাল্লি হায়খিবা মতুংদা শ্ৰীযুক্ত কমিশনার সাহেপনা মথোৎনা শামরিবা লিলা অসু শারবা মাদে হায়না ককল্লে, থিংল্লে। ১১নি মোংমাইজিংলা মবুথৌ থাংজিং লুক চনবগী মাইবগী লাই মনাইগী থৎনহুমা ক্ষেত্রিমমুম বিজোইসিংগী, থোংতাম মাধব পণ্ডিৎকা কুমহনা বিচার তৌরবদা শ্ৰীযুৎনা লুক কৎকনি মাইবা, মাইবি, লাই মনাই শঙ ৩মক লুক খুম্ হায়না বিচার লোইরমএ। অহুগী থাংজিংগী থংজি- থোদোনগী কোটো মমলকএ। ১৩নি লৈপাকপোকপদা শ্ৰীযুৎ লমশাংদা শোরাং লেপই। ভমা লেপথৎলকএ। ২০নি লৈপাকপোকপদা শ্ৰীযুৎনা পদ্মাবা কোনাবা ১ শ্ৰীগোবিন্দদা কৎলে। ২৩নি ঈরাইদা মীরেপপুংদা হৈথৌ ১ পান্থুনা পূজা কৎলে। মবুথৌ পার্থংবগী ইকাবগী হুংহিংহু লাকই। ২৭নি

লৈশাবীনা তেংমাই লেপ্পগা লৈশাবীনা হিরোই তইদুনা হিয়াং তাইরে। ২০নি থাঙজদা উরিপোক শামুশঙদা নিংথেমচা হেৱাযোঙ কৌবা ছাত্রমচা ১ নম্বুল ফুরেন্দা লাইনা লৌদুনা লুপখি। ২২নি নিংথৌকাবদা এলাংবম লৈকাই মাইয়োকক্কা ছিদেন্দা শিনা থংএ। অদু মুদিবা মেৱাগী সংক্রান্তি হোৌএ। হিয়াঙৈ থাদি য়ুমশকৈশনা হৌরে। ১২নি মোংমাইজিংদা শ্রীযুৎ মহারাজ চজিংদা হরাওবা লেঙখি। হন্না লেঙখৎলকএ। ১৪নি লৈপাক-পোকপদা শ্রীযুৎ ভগ্নদা লেঙএ। ভন্না লেঙখৎলকএ। ২০নি মিংথৌকাবদা শোণিয়েলিষ্টনা আন্দোলোন হোৌএ। ২২নি য়ুমশকৈশদা হিয়াঙৈগী সংক্রান্তি হোৌএ। ২৩মি শগোনসেন্দা কোম্বোজম লাইরেম্বী থবক পুন্নমক্তা কোম্বোজম থম্বৌসিং কোম্বোজম পারিজাৎসিং, কোম্বোজম লৈরেঙাউসিং কোম্বোজম কৃষ্ণসিং হাররিবা নিপা ৪ আসদি লাইগী থবক পুন্নমক্তা য়াওবা য়াত্রবা হায়না ককএ। আন্দোলনদা সেক্রেটরী অফিসতা হাও রিশাংনচিংবা দাকপা সিকাইনা ঈশিংদা থাদনুনা থরা শোকএ। থাশি নোং শগোনসেন্দা সিকাইনা আন্দোলনগী মী চৈবুন্না ফুদুনা মী থরা শোকএ। পোয়ন্থু থাদি ঈরাইনা হৌরে। অদু মুদিবা ছাত্র মচা ৩৫ এডভাইজর অকিন্তা দাকপা সিকাইনা থাকোম্না ফুদুনা শোকএ। য়াম্না থিনা শোকুনা ডাক্তরদা থমএ। ৪নি মিংথৌকাবদা আন্দোলনগী মী সমরেন্দ্রনচিংবা ছাত্র মচা ৩। ৪ পা থানা সিকাইনা কাদুনা জেলদা থমখি। ৯নি থাঙজদা আন্দোলনগী মী ২০ চাও ২০ মকম থানামা কাজিনখি। ১০নি মোংমাইজিংদা মণিপুরগী শগোন কাংজৈ এলঙৌঠৈদগী শ.মরক্কবদু কন্সেনা পান্নবদা থুগাইদুনা তোকশবদু শ্রীযুৎ মহারাজনা অমুক লিচথংকদবগী মবুথৌ মাজিংদা পুজা কংলি। থোঙাম মাধব পণ্ডিৎকা মুন্নাই পণ্ডিৎকন্না কংলি। ১৩নি য়ুমশকৈশদা স্না কোম্বুং কাংজৈবুংদা শগোন কাংজৈ শান্নবা হৌএ। ১৫নি ঈরাইদা লিলোং ফুরেন্দা মবুথৌ পাথংবা ফুহিং লাকএ। থোঙাম মাধবনা লুপএ। ১৭নি থাঙজদা লিলোং স্না ইংথোন্দা পুন্নিদা থাং ১ তাওই। ১৯নি মিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ কালাপাহাড়দা লেঙএ। অদু মুদিবা আন্দোলন তৌবা মুশীশিংদা সিকাইনা ঈশিং হৈজিন্দুনা মুশী থরা শোকএ। ২৭নি শগোনসেন্দা মুংখিল গোয়াল মণ্ডদা পুরৈরোম্বা লাইকমদা চুমথাং থানবাগুবা থুদম ১ তৌএ। শ্রীযুৎনা হান্না উইএ। অদু মুদিবা আন্দোলনগী মুশী মুশী থরা শোকএ। শিয়াল কাপশিল্লি। ২৩নি ঈরাইদা পোয়ন্থুগী সংক্রান্তি হোৌএ। অদু

হুমিত্তা নোংমৈ কাপ্পুমা আন্দোলনগী মী ৪।৫ লোম শোকএ। চৈনা শোকপদি যাযএ। অহুগা কুলচন্দ্র, শামু, তরুবী দেবী ও অমিদি থিনা শোকএ। অহু হুমিত্তা চহিং স্না ইংখোল্দা পুখিদা য়োংকী থাং তাওবগী ফুহিং লাকএ। অহুদা লাকপদি নাহৈবাবপম দিনচন্দ্র পণ্ডিৎনা লাকএ। হুদাইপোকপীদমু তরাওগী শহুবৈদাহু অহু হুমিংত্তা পুজা তৌবা য়ুয়াই পণ্ডিৎনা চৎলি। অহু হুমিংকী অহিং পুং ১০ তাবা মতমদা আইনগী ধারা ১৪৪ গী মতুংইনা মাইল ২গী মথে মী ৫তনা তিনবা য়াদে হায়না লাওই। ২৪নি থাওজদা আন্দোলনগী মকম মকম সিকাইনা নোংমৈ পাকহুনা থুগাইএ। থা ১দা পাও থংগনি হায়রমএ। ২৬নি নিংথৌকাবদা মবুথৌ পুরৈরোমবগী লাইফমদা খুদম তৌহুনা পুজা তৌএ। ২৭নি হুমশকৈশদ দিদি চৎলুবা হাও মিশাংবু মহুমদা থুবগা সিকাইনা কাথে। ২৮নি শগোনসেন্দা নাংপুবগী কৈথেল পুম্নমক কাদে মুংলে। থাশি থাওজদা লাইমতোংগী পাথংবা পুজা তৌরুই। বাকচিং থা নোংমাইজিংনা হল্লে। ২নি নিংথৌ-কাবদা বাংবন পান্দা প্রোজেক্টনা মেলা তৌব হোএ। ৮নি নোংমাইজিংদা মেলা লোইখি। ৯নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ গোবিন্দদা লেগুখি। ১৫নি থাওজগী অহিংদা স্না কোম্মুং অরাংথোংদা শত্রি পুবা আসাম রাইফল সিফাই চুকমল কোবা ১ মশাগী নোংমৈনা পাম্দুনা সিএ। ১৭নি নিংথৌ-কাবদা শ্রীযুৎ মহারাজনা বারুণী লম্বী য়ারন্দা শেবগনি হায়হুনা নাহৈবাকপম দিনচন্দ্র পণ্ডিৎনা লাই পুজা তৌরুই। ২০নি শগোনসেন্দা অচেত্তা, এম. পি, হরেশ্বর গোস্বামি ২মা থোরকএ। ২১নি ঈরাই হুমিংকী হুমিংহুবা মতুং হুথক তানবদা হুহাবাইএ। অহু হুমিত্তা সুচেত্তা, হরেশ্বর গোস্বামিন-চিংহুনা লিলোংদা মী ৩০০০ লোম মিটিং তৌব। ২২নি থাওজদা বাকচিংগী সংক্রান্তি হোএ। অহু হুমিত্তা সুচেত্তা ১মুং হরেশ্বর গোস্বামি ২মক চত্থিএ। ২৫নি শগোনসেন্দা মেজর জেনেরেল জহুনাথ থুংলৈএ। ২৮নি ঈরাইদা য়ারন্দা লম্বী থোনবা হৌনবা থোঙাম মাধবসিং পণ্ডিৎমা পুজা তৌরগা শামুবু হারা হৌহন্দুনা লম্বি শেথা হোএ। কাইরেদ থাদি লৈপাকপোকপম্য হল্লে। ২নি হুমশকৈশদা অফিস পুম্নমক মাপ থইএ। কৈথেল পুম্নমক কাদে। ৫নি ঈরাই পঞ্চমীদা নোংমাইজিং চীংথোল্দা সরস্বতী কুওদা মবুথৌ পাথংবা থোকুনা স্না য়াথংনা মাওব পণ্ডিৎনা ফুহিং লুপই। হুমিং অহুদা শ্রীযুৎ মহারাজগা নোংমাইজিংগী অরাচীং, বিষ্ণুপাদ আশ্রম বিষ্ণু কুণ্ড

পিরে। চুপ পাইএ। নবুক ক্ষকলা য়েনক্রেইএ। লকুংকখদি মরা সমাংতোখা কনএ। ১২নি শগোনসেন্দা কোং মপান্দা লাইঙম চুপী যো ১ থৌদি য়াম্বুনা পিএ। ১৩নি ঈরাইদা থোংঙাইচীংদ লৈবা লাই পূরমক পুজা তৌরংলগা গৌরনগরদা লেঙখৎকএ। ১৫নি লংমাইচিংদা শ্রীযুৎ মা কোয়্রংদা লেঙলকএ। অহুম চুমিং লংমাইচিং থলোং অমুক হন্না থোঙাম মাধব কেশব কাহ্নই ২মা পূজা তৌকই। অহুম চুমিং শ্রীযুৎনা শ্রীগোবিন্দগী পরিক্রমা দণ্ডবৎনা তৌএ। ১৬নি নিংথৌকাবদা ঝুলন সমাপ্ত শ্রীযুৎনা হাংথৈরাকপা হাপএ। ২১দি থাংজদা ঈমিং হাকনা চাউদ্রনা শরেনথোংগী তোর্বাম লমথাইএ। ২২নি লংমাইচিংদা থিয়াম কোজিন অতাং লৈকাই হখা লৈকাই ২মা মযুথৌ কুমাম নিংথৌগী চাকলোন কৎপা মকম থৎনবদা শ্রীযুৎনা লাইমাংদা তৌ যাহনা তাবলে। ২৩নি নিংথৌকাবদা লৌমুংথে কা লৈবা লাইঙম নিংথোম মুকুন ওবী লৈবখী লেখী মরা পিরবা অতাংচাউ মচাশিংনা মুকুম শাগৈপা শাগৈ থাইবা লাইঙম অচৌশিংবু লৈনখী দেবীনা পোষ্য পুত্র ওইরবা। ২৬নি শগোনসেন্দা ইঙানী সংক্রান্তি তৌএ। থাপি নিংথৌকাবদা চুমিংপু শানা কএ। অহুম চুমিংতা থাংথৈবদা লৈশাখী ১ থৌদি কাম্বুনা পিরে। ইঙেন থা লৈপাকপোকপদা হয়ে। ২নি যুমশকৈশদা শ্রীযুৎ লেঙখৎলকএ। অদুগা গৌরনগরদা লেঙথি। ৪নি শগোনসেন্দা ময়াইকোইবীদা ভংরবম মিপা ১ থৌদি যাম্বুমা পিরে। ৫নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ লমাইজিং থঙ্গোংদা লেঙথংলে। ৭নি লংমাইচিংদা থঙ্গোংদা শ্রীযুৎনা নুংগী কুমা অমা শাহনা য়োতএ। ১২নি ঈরাইদা হাইথোম চাউবা মহবাব মেম্বর শ্রীযুৎনা পোলি-টিকেল সেক্রেটারী হাপএ। ১৯নি থাংজদা কবরা পুরি মপান্দা থিমুখী কৌথি চুপী ১ থৌদি যাম্বুনা পিএ। ২২নি লৈপাকপোকপদা শ্রীযুৎনা লংমাইজিংদা লৈবা লাই পূরমক পূজা তৌএ। ২৪নি শগোলসেন্দা কীরাম ছত্র মথোম ৯ শাথাবা ভাউরোউনাই রেকপা কীরাম ১ কৎলে। অহুম চুমিংতা থঙ্গোংগী গৌরনগরদা লেঙএ। ২৭নি থাংজদা শ্রীগোবিন্দগী মাংতোংগা গোবিন্দ লীলামৃত তাবা তৌএ। ২৮নি লংমাইচিংদা শ্রীযুৎ গৌরনগরদগী মরা কোয়্রংদা লেঙলকএ। চুংথিন মেথ্যু কবিশমাবগী মরবার হোন্দা উমহনা কা তাংখৈএ। ২৯নি নিংথৌকাবদা ইঙেনগী সংক্রান্তি তৌএ। থবান থা যুমশকৈশদা হয়ে। ৬নি নিংথৌকাবদা গোবিন্দ লীলামৃত লোইএ। ৭নি লৈপাকপোকপদা বিজয় পঞ্চালী তাবা তৌএ। লাইঙম মতীনা লাইরিক

খীরে। মনম নেত্রসিংনা লাইরিক হাবএ। ২৩দি শগোলসেন্দা অতোম সনাতোম্বা এরাপাড়ৌমা তকুনা পিএ। চৈরাপনা ঈশৈ শকাদবদা দমারাখৎ মপোম্বকাই শওষ্টি হায়হ্ধা হান্না শকখি। চৈতাথি শকপ্তই হায়হনা শকখিদে। ২৬নি ঈরাইদা খুরাইবন্দ কৈথেলদা নিপা ২ শাইচানা য়াখৈ। থাদি য়ুমশ-কৈশদা শ্রীযুৎ বিন্নাংথাংবা লাই খুরুম্বা লেপ্তএ। অমা লেঙথংলকএ। গোয়াখী লান্দা মী শি হায়হনা কৈথেল থিংএ। মী কাদে। মুখিদী খোমা কুখিদী চৌংবৈদা তাবা নোংমাইবু লংদী থংবদা হাংলে। মলমান লাংবন থাদি শগোলসেম্না হল্লে। ২নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ হয়েন কৈরেল লান্দা থোৰদা চৈথারোল কুম্বাবা শ্রীযুৎ সনাখুংমকনা চেনা থুদিংদী সম্ব মুহর মবএ। অমুদা সনা খোগম য়াওবদি থাইথোম চাউবা যেবর পোলি-টিকেল সেক্রেটরী থোইদিংজম গৌরমনি শেম্বুংবা পার্সেল খাক্তোম মাথম পন্তিং অসিনা থোগল তৌএ। হাকুম শকব্দ ১৮৭৬ তা শজিবু থা ১২ য়ুমশকৈশদা শ্রীযুৎ সনৰ লাইথিক তাবা লোম্বা যুথিংতা শ্রীযুৎবা সমসম সম্বায়সিংবু উপাধি ভক্তিরস শিরমণি সিংসম নেত্রসিংবু উপাধি স্বরশিরোমণি রাগরাগিনী শিরমনি, অমুসমা রাজকুমারবু উপাধি ভক্তিরস সিদ্ধান্ত থিংজম চাওবসিংবু ভক্তিরসভূষণ মোইরাংথেম তোম্বাবু উপাধি স্বরস্তহার লোংজম মনিসিংবু উপাধি স্বরসিদ্ধান্ত চূড়ামনি লাইশ্রম মণীসিংবু উপাধি ভক্তিরস চূড়ামনি হায়রিবা নিপা ৭ অসি উপাধি পীবিরে। সংকম অমুদা লাইরিক তৌথিবা মী সমসম নেত্রসিং হৈস্নাম বাপুসিং লাইশ্রম মণীসিং থিংথোজম থানিনসিং থেম্বুজম চাউবসিং য়ুম্নাম মনিসিং মোইরাংথেম তোম্বসিং খোমদ্রম চাউবসিং শারুংবম লমকেনসিং হুইত্রোম অতোমচাসিং অমুবমা রাজকুমার লৈতাংথেম মনিসিং কোজেংবম যুগীনসিং লাইশ্রম গোকুলসিং তোংব্রাম জাতিশ্বরসিং চাওতোম গৌরমনিসিং খোমদ্রোম সেনাপতিসিং হুইরেম রাইমাসিং খোমাউজম রাইমাসিং অসি য়াওবিরে। ২নি ঈরাইদা শ্রীগোবিন্দজিদা খুপ আমজিদা ঈশৈ শকপা তোকহনখবগু নাইরেম কম্বালা অমুক শকপায়া মন্ত্রি সেংবাকনা তোকহল্লে। ৬নি লংমাইজিংদা শ্রীযুৎনা লংমাইজিংদা য়ুবুথো পুথৈরোষণী উচান তুবদী পূজা তৌএ। অমুদা চংপদি কাইমেরাকপম দিলচন্দ্র পন্তিংনা পূজা তৌকই। মহ হুখিংতা উখোংশংগী তুমবা খোংনাং অকংবমা অমুক হৌগংলকএ হায়হনা লনা য়াথং খোক্তোম মাথম পন্তিংনা লেংবা চংলে হৌগংলমএ। ২২নি শগোলসেম্না মুহাবাইএ। ২৩নি ঈরাইদা শ্রীযুৎ

খোংবাং তক্ত: মণ। 'তাপণী দিনচন্দ্র পণ্ডিৎনে মাধব পণ্ডিৎনে চংতুনা পূজা
তৌরই। ২২নি ন নাইজিংবা শিবেংগী লোংমাইজিংদা লৈবা মহাদেব
খোংপোক নিংথৌ খবাং নিংথৌ পুরৈরোম্বা থুমগোং লাইরেম্মা মাধব পণ্ডিৎনা
পূজা তৌরইএ। শ্রীযুৎ সনা খোঙলেন্তুনা থুরমলৈএ। ২৪নি লৈপাক-
পোকপদা কুম্বিদগী চেং পুমকপদা গাড়ী গুম্ফ চংতুনা মিপা ৩ শিএ। ২৬নি
শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ সনা যাথং মমাথুং বীরচন্দ্র সনাবু শ্রীগোবিন্দজী কাথদাম
হাঙ্গীহুনা শ্রীগোবিন্দজী থবক পুস্তক পুহল্লি। ২৮নি থাঙজদা লে মংতবিহুনা
মঙ্গলার্থি শো হাংনিংতাই লৈতহুনা পুনা লেপ্তংতুনা থৌগল তৌএ। ২৯নি
লংমাইজিংদা শিংগাম মক্তমদা থাংযৈংজগী বরহম মচানুপী লৈশাংবী অতাংবী
অমনা পুরক্তুনা পীরেএ। চিয়াতৈ থা লৈপাকপোকপমা হরে। অত্থু মুম্বিংতা
কুরুক্ষেত্র মুনিংকী থৌগম ঈথে শক্তে হায়হুনা চৈয়াম, মতুং কাওবা শরুলগথু
হায়ন। সনা যাথং তাথিবা অত্থু শ্রীলোংমাইথেম জুগলচন্দ্রসিং অতোম মিংথৌবে
লোয়েংকখাইবম অহৌ লাইকম লাকপনে হিজম ইবুংতোহন অহমুণ লাকপনে
সনখম অকোইবী মাহুংকপ শতলেম লাকপনে মিপা ৪ অসিনা শ্রীযুৎ সনা
চরন্দা হংগংচপদা শ্রীগোবিন্দজী কৃপাদগী শ্রীযুৎনা চাংবিহুনা মতুংদি থৌগল
ঈথে ৭৫৫.বা হায়ন তাকপীরে। অত্থুগা মোইরাংথেম চন্দ্রসিং খাথম লাকপনে
লেরাম থরাল লাইকম শতলেম লাকপনে শরাম্ভুরাম ইবেমচা খাথম শতত
শতলাকপনে পোংশংবম মনিসিং খাথম শতলেন লাকপনে মিপা ৪ অসিদি
শ্রীযুৎনা ইথোকরে। ৩নি শগোলসেন্দা হিয়াঙ্গৈগী সংক্রান্তি ওইএ। অত্থু
মুমিতা গুরুময়ুম থরাল শর্মবু থামাম্মি তক হাপএ। ৬নি লংমাইজিংদা
শ্রীমতি মহারাণী বামনগবদা অমাবা য়েংলুবা অমাবা কমক্তুনা থুংলৈএ।
৯নি শগোলসেন্দা ইউ এন ধেবর এ, আই সি, সি, প্রেসিডেন্ট মনিপুরদা
লাকই। ১২নি থাঙজদা চংথি। ১৫নি লৈপাকপোকপদা থা শামা কংএ।
হৌজিক তক মোংমাইচীং খরোংদা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজনা কীর্তন কংকদবগী
চিয়াংগৈ থা ৩নি শগোলশেন্দা শ্রীযুৎ খরোংদা লেজদবগী যাত্রা তৌএ।
লেঙলমদাইদা মহারাজনা মমাইশিংদা বম ১। ১ মমা পী। শ্রীযুৎ সনা থৌগল
শতপাদবা চৈরাপকী লোংমাইথেম যুগলচন্দ্র অতোপাম্বা হাওবম ইবোতোম্বী
মন্ত্রি ছুলিমাহা মেজর খোতাম মাধবসিং পণ্ডিৎ মোইরাংথেম অতোম্বী হজবা
পেনা লোমশঙ্গী হোংনেমহুবম তোলেজাউ হজবা। তাতোম বাংগোন হজবা
খোলোম অমু হজবা চিথাম মহোংজাউ হজবা হোংনেমহুবম মণি হজবা

লাইশ্রম থাবল হৌবা লোয়োকথাইবম হুহোন হিদং সনগম য়াইমা হিদং লোয়লম মধু হিদং খোঙাম থোইবা হিদং কোলোম মাংগোজাউ হিদং চিংথাম নুঙাংবা হিদং মাইরী শঙ ভাসেন্নব তোম্বা শঙলাকপা হাইয়োম ইবোহল হিদং হাইখোম চাউবা পোলিটিকেল সেক্রটরী খোংথোনবম কাহ্নাই মচু ইবুংতো কাংজম গজেন্দ্র বাবু লাইময়ুম গোপাল শর্মা অমিবম কেশো শর্মনচিংবা পুজারি থিয়মম বারুণী সনা খোঙজল মাইবা হাওমচা শঙগী পুখ্রম গুলাপসিং লোংজম ইবোতোম্বী জিলা সনা রাজকুমার লাইময়ুম বল্লব শর্মা মিস্ত্রি লোয়শঙ লোয়রেম্বম ইবোতোম্বী বড় মিস্ত্রি ইবোতোম্বি শর্মা থনেশ্বরসিং সনা অফিসকী লোংগাইজম ধীরেন বাবু খিরাম মনিসিং বাবু গুরুময়ুম চাউবী শর্মা লাইশ্রম নিপামচাসিং লোয়োকথাইবম তোম্বেনসিং উরংপুরেন শ্রীমরাম্বুং বড়সেনাপতি শ্রীগোবিন্দজিগী কামদার অসি পুন্নক সনা খোঙজল চংলে। অহু হুমিংতা গোরমগরদা থুংএ। ৬মি লংমাইজিংদা বারুণীদা থুংএ। লক্ষ্মী কুণ্ড সরস্বতী কুণ্ড ২মকন্থং শেংলোকএ। পাওন বাবা লম্নোইবা ১মুক্ত থুংলৈএ। মেপালদগী সাধু ১মুক্ত থুংলৈএ। ৮নি লৈপাকপোকপদা থম্নোংদা থুংএ। ৮নি মুমশৈকপদা শ্রীমুং সনা হকচাং থবা ঐ। মাঙোপ সনা শদাম বিষ্ণু মন্দির লোইরমদবা লোইশনবা শাইএ। ১২নি থাঙজদা অঙ্গোনা চেঙ মন ৩১গা থঙ্গং ১০০ গা কীরান বা ২২গা পুথংলকুনা বংলৈএ। চেঙ মন ১৮গা রা ২২গডি শাক্তংবম হেরাসিং খুন্নাকপনে শদাম গোপাল লুপলাকপনে শরুবম হেমা খুজাহনবনে লৈথুজংবম তুলসিং থাবম লাকপনে চিংজাখম তুলসিং হুপানবনে কাজৌবম মদনসিং পাথংলাকপনে কাজৌবম যুগেসিং মাহারাবপনে যুমথাইবম অচৌ মাইবনে চিংজাখম থম্বালসিং চৌকিদারনে মিংথৌজম শীতলসিং নম্বোয়মে চিংজাখম চিত্রাসিং মম্বোবনে লাই মনাইনে মাথোম ১২ অদিনা কংলে। শ্রীযুংনা পেনবিরহনা মাগী মাম্না মহিক চাবা য়েংহুনা মখা থাম্মেমচগ্গা লমথাং খুজ্জং মেথোম হুরিং শাইককপা পীবিএ। মন ২০দি মন ১দা লুপা ৩ শিবি পীএ। অপুমদ্দি লুপা ১৩ পীবিখিএ। অঙ্গোপী প্রজা পুথমহনা থদাম মাওনা কচেএ। যুবুগী মুলেমবম হৌবা থাইদেম মিয়মদিং হিদং থাইদেম থম্বাজাউ খুনচা হমবা ববচীং য়েনথোম পাথোই মিংথৌ ক্ষেত্রিময়ুম থম্বৌসিং মাহাকপ লাকপা মথোয় জিপা ৫ অসি শ্রীযুংকীদমক থদাম মাওনা সনা খোঙজল তৌরৈএ। বিজয়া গাদোংকী তাঙোম অঙ্কঙাউ মেজোয় লাইশ্রম চাওবাসিং মেজোম অনী অসি সনা খোঙজল কাবকুনা শ্রীবিষ্ণু

মন্দির সমা শঙ্গাৎ লেমলৈএ। শ্রীযুৎনা নখোয় মেজোর ২ লাকুনা থবক শংবা হংডাই হায়বিবি। ১৪নি মিংথৌকাখদা অথনবা অনৌবা পালাগী য়ুমনাম পাম্বিজাৎ ঈশৈহনবা শোইবম য়সোম পুংদৈবা হজবা সমা খৌগল কাখকএ। ১৫নি নৈপাকপোকপদা শ্রীবিষ্ণুগী মন্দির মাপোপ হোৎএ। শ্রীযুৎ সমা হকচাং ঈবগী মাধব পণ্ডিৎনা মোংখাঙ লৈমা হাওরৈমা শঙ্কুবী পুজা তৌএ। সমা হকচাং ঈবা খরা কৈএ। ভিজম ইবুংতোম্বন অহলুপ লাকপম্ত সমা খৌগল তৌরিএ। শ্রীযুৎনা পেম্বুমা সমা হাখং নওজি শ্রীগোবিন্দজী চৈরাপক্কী পুং চৈনবা চংলো হায়হৌবা ভাকপীহৌবা চংখিরে। অহু হুমিংতা খামোন হৌবোন সমা খৌগল কাখকএ। পূজারী হুরুময়ুম তোম্বা শর্ম্মা ব্রহ্মচারিময়ুম নীলমণি শর্ম্মা ব্রহ্মচারি ময়ুম গিরিধারী শর্ম্মা ব্রহ্মচারি ময়ুম রাজ শর্ম্মা ব্রহ্মচারিময়ুম গোপাল শর্ম্মা। হজবম তোম্বী শর্ম্মা হজবম কুলবিধু শর্ম্মা অরিবম নবদ্বীপ শর্ম্মা অসি সমা খৌগল কাখকএ। হৌরোম হাজোংবম গুলামজাৎসিং শেম্মুংবা ক্ষেত্রি খামা চাউবম মধুসিং মন্ত্রিসেবোক খাংখৈময়ুম বীর শেম্মুংবা ক্ষেত্রি খানা চাউবম শেম্মুংবা য়ুমনাক শঙবম চন্দ্রসিং য়ুমলেনবম তোলেম খাংখৈময়ুম ইবোয়াইহি অকোইজম শকয়াইহি লৌরেম্বম বোরাজাউ। ১৬নি শগোলসেন্দা মাউরেম মখিরে থিয়াম তোম্বনে খৌগল মোইরাংথেম্বা লাকই। শ্রীযুৎনা খামেম চঙ্গা লমথাং পুজ্জোৎ মদা পীরে। হুইনিংতম্বম কিয়ু রাসধারিবু খামেম চঙ্গা সমা পুজি লমথাং পুজ্জোৎ মনা পীরে। হুমিদাং অহু শ্রীযুৎ সমা হকচাং ঈবা কবে। কীর্ত্তন অধিবাস হৌএ। পেনা শঙগী হুইমিংতম্বম তোলেমচাউবু পেনা শঙগী শঙলাকপা হাপএ। খোংজাই পরেপ নিংথৌদা খামেন চঙ্গা মনা পীরে। পালা লোপশঙগী মী খরহু খামেম চঙ্গা মনা পীরে। খাদোন খরহু মনা পীরে। পেনা শঙগী সমসম মাইবা হিদং লোংজম মধু হিদং য়েলাংবম থৌবা হিদং চিংথাম মুবাংবা হিদং লোয়োক-খাইবম মুহোম হিদং অসি খামেম চঙ্গা লমথাং পুজ্জোৎ সমা পুজি তাম মমা পীবি। অহু হুমিংতা মধুথৌ মুংয়াম্বদগী শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ কাওবা মমিং ইহৌনা নুং ১ হুংএ। গোতিময়ুম ইবোতোম্বী শর্ম্ম অতোম খরেশ্বর পালা লোয়শঙগী শোইবম য়সোম পুংদৈবা হজবা য়ুমনাম পরিজাৎ ঈশৈহনবা কীরান হজ্র মখোম ৯ তথা কীরাম ২০ শেম লাএ। ১৭নি শগোলসেন্দা মহাকীর্ত্তন বিজয় তৌএ। নৈপাক চাবা পালা সেবোক পালা অথনবা পালা অনৌবা থোঙী পালা ৪ শঙুম্না সংকীর্ত্তন লোমএ। চেঙ মন ১০০ খোংহুনা

কংলে। লৈপাক মীয়াম পেনহল্লে। অহৌবা কীর্ত্তন অসিদি মমাংনৈদগী তৌখিদে মতুংদগী তৌররোই হায়না পোয়খি। গৌরাঙ্গপদা পুকৈ মকম অনৌবা ১ থইএ। মতুংদা মকোক ওইনা শীনবদি সোপাইজমচা খীয়েম কেরাণী বাবুনা কমএ। লৈপাক মীয়ামনা অকা অকুপ মপুক পেনবা পীজ পীথকএ। মীয়ামনা থাগৎলে। শ্রীযুৎনহুং মপা মপু অচৌবা মচানি মামা তৌবা থবক শোয়রোই হায়না সনা পুকনীং পেনবিখিরে। নোংমাইজিং থজোংগী কীর্ত্তন তৌবগী অচা অথক কিরোম গৃহনক অসি শ্রীযুৎ সনা যাথং মতু ইমা শ্রীমন্ত্রি-মচুম বীরচন্দ্র সনা রাজকুমার প্রাইভেট সেক্রেটরীগা কেত্রিমযুম বিজয়সিংহ এসিষ্টেন্ট প্রাইভেৎ সেক্রেটরীগা মিপা ২ অসিনা শ্রীযুৎ সনা পুকনীং থুংনবা অবাৎ অপা পীথংলে। শ্রীযুৎ সনা পুকনীং পেনবিখিরে। বারুণী মহাদেবদা চাথুম অচৌবা কুহৌবমচিংবা মকম ১ থইএ। মকম অতুংদা মকোক ওইনা শীল্লাংবদি শ্রীমহারাজকুমার বীরচন্দ্রনা পোকপা কিলাং সনাগা গুরুমযুম চাউবী শর্ম্মগা লাইরম্বম নিপা মচাগা মখোয় ওমানা মকোক ওইনা শীরেএ। অবাৎ অপা লৈহল্লে। থজোংদা পুকৈ মকম অমা থইএ। মকোক ৫ইবদি খোংচোম থবি শেল্লুংবনে সনা অফিসকী খিয়াম মনি কেরানি বাবুনে চবুংবম বীবনে ওমা অসিনা শীল্লাংএ। পুকৈ মকম অতুম অসিনা লাংবগী মকোক্তি কাংথব পোকেয়া শীরে। শ্রীযুৎনা মপা মপু অচৌবা মচানি হায়না থাগৎলি। শ্রীযুৎকী মমাই অচানবা মখেদি থজোংদা মিতিগী উৎসব বত্তুনা পীরেএ। পর্ব্বন পিও দামদি শ্রীমহারাজকুং বীরচন্দ্র বড়সেনাপতি শ্রীগোবিন্দগী কাংদায়না পীএ। ১৮নি ঈরাইদা শ্রীযুৎনা থজোংদা চেং মন ৩ খোংহুনা কংলে। লোইবগা সনা খোঙ লেঙহুনা বারুণী মহাদেবদা থুংএ। অহিংদা বারুণী চীংদোন রাস মণ্ডলদা ঊশ্রী শকএ। সবা খোগল চংপা মাইবা মথৈগা পেনা মখেনে মাইবী মথেবে তগি হরবা হিদং থুজাহমবা ককচীং শিংথৌ মাতাচাকপা বিধু জামন্দার অসিদা শকএ। সনা তাদা লুপা তাদা থাহনা শকএ। সনাম ইবোতোম হজবম ব্রজমনি শর্ম্মা ব্রহ্মা বাচস্পতি মযুম দাউজী শর্ম্ম অধ্যাপক নিপা ৩ অসিহু শ্রীযুৎকী সনা খোগল তৌবদা মবুক শেংই হায়হুনা শ্রীযুৎনা পেন-বিখিএ। ১৯নি থাঙজদা উৎসব বংলে। ২০নি লংমাইজিংদা শ্রীযুৎ গৌরনগরদা থুংএ। লমথাংদা মোইরাংগী লৈমচাউবীসিং সেনাপতিনে থুমোল্লাকপা থাযোন সন্ত পা ওকলম্বে। গৌরগোবিন্দদা উৎসব বংলে। মী ২০০ পীরেএ। অহ্ গুনিত্তা হজক ঐনা কীর্ত্তন কংপা অসিদি ঐগী পেনা লোয়লতগী দিপা

১৩ অসি মথোক্না থাবনা হেন্নে তোংলাক্লাই শংলাকপা অমোংলোই তঙখৎপা মকোক ওইবা ২ অসিদি লুপা চৈথাম কংকথো হায়রম সনা য়াথং পীখিরে। কোলোম অমুসিং হজবদা থাখেন চঙ্কা মনা পীরে। অতৈ পেমা শকপা নিপা ১০ অসিদি মশী মশী মতীক লেৎনা মনা পীরে। অদুগা শ্রীযুৎকী সনা খুহর ১০না শাথা দীক লোরী খাঙহৌবদু মাইবী ইখুংতোঙমদা থাঙমদি মাইবীগা ২মক্তা লেপ হুমবদা কংলেরোই সনা নাক্তা চৈথা থামোন ১ গা নিংথৌমচা ১ গা মামহুনা মৈতৈ আখাম ১দা পীদুনা চৈতোন চনথে হায়না কাওরে। খুদক অদুমক্তদা আঙাঙম বিধু জমাদারগা লোংজম পোংতোখীগা সনা য়াথং থাদুনা বাক্লীদা য়েঙ্কনবদা চৈরমলে থাঃনা পুংকুনা সদা খুত্তা কংলরে। মাদুনা মাইবী মচিম খী মতুং কাংবা মাইবীগী মরা লৌমলোই হায়না দনা য়াথং তাকখে। ২১নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ দমাকোয়ুগো থুংলৈ। হলক কীর্তিন অসি মহাকীর্তিন থোকএ হায়দুনা দনা কোয়ুংদগী পালা ৮ শকই। শ্রীযুৎ সনা য়াথং পাবোংকী ঈশৈ হুমবদি চাংতোম তঙ্কাজাউ য়েকবনা শকউ। লাইশ্রম চাউবনা লোহাপ চংলি। মোইরাংদগী কীর্তন ১ শকএ। ২১নি থুংলবা হুনিং সনা হকচাং ঊএ। ২৫নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎকী অনাবগীদমক মবুথৌ পনম নিংথৌদা মাধব পণ্ডিৎ-১ পূজা কংজুইএ। ২৬নি ঈরাইদা জিনচন্দ্র পণ্ডিৎনা তথুদা মবুথৌ বাংত্রেন পূজা ভীবা চংলে। চংথিতৈ অবুক পুং ৯ তাবদা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ শ্রীবৃন্দাবন যাত্রা ওইএ। শ্রীযুৎ সনা থৌপল মাইবদি লাইমযুম ইবেমচা শঙ্খ অধিকারিমযুম ভঙৌবা মর্দ খিদুজম শুনসিং থৌমাউজম ইখুংতোঙম ৪ অসিনা তৌএ। পোংলোইবদি মংলেন্দি সরকারগী ওইথে য়াদবোই হায়না পণ্ডিৎন হায়বদা শ্রীমতি মহারাণীদা ঐনা য়ামনবা তাঙনগনি হায়না শ্রীযুক্ত কমিশনারদা হায়জদুনা কংলাদা লোইথিএ। শ্রীযুক্ত মহারাজগী মচুং শ্রীমতি মহারাণী ঈশ্বরীমা পুরেএ। চৈপাক মীরাম অমমুং মিংথৌমচা পুমক্তা য়াখিরে। তরক্তা কাইরেন কাইজাউ মথোদ ৫ তনা শাখি। বদুলা ১১ কাপএ। সিকাই পুমগক্তা মোংবৈ শলামি কাপএ। মৈকোয় সিবা নিশু দাদি শ্রীমতি ঈশ্বরী দেবীনা তৌএ। কোয়া মনাউ ইখুংতো থেদা সনাদা পুথরে। মিংথৌ শাগেন্দী পিবা পুবদি কোনসম কাহ্নাইমে বাংথৈমযুম থোমদোমে ২না তৌএ। হুতোন্দি অকোইজম মহাশয়বে বাংথৈমযুম তোমপিশকমে ২না তৌএ ২৯নি চৈপাক-পোকপদা শ্রীযুৎকী চিন্তামনি লৌথংলে। মতুদা য়াথা মীদি থায়বা ওমলোই।

পাউমম্ উরেন্দগী লৌখৎলি। পুথদি মহারাণীমা পুএ। ৬নি কুমশকৈশদা শ্রীমতি মহারাণীগী য়াইফমবা পন্তিংমা উশিন ত্তৌএ। পোয়ম্ থা শগোনসেনা হরে। ৩নি থাঙজদা পোয়মগী সংক্রান্তি থৌএ। ৪নি লৈমাইজিংদা মিংথৌ শিবগী থৌনবী মন্তুং ইমা থাংজীং মাজিং য়াংগ্রেম কৌক্ত ইমাংলে। যংলা পাথংবন্থু ঊমাংলে। ৭নি কুমশকৈশদা শ্রীযুৎকী শোয়াৎ মহারাণীমা শোজি। সপিণ্ড পিণ্ড দান মহারাণীমা পীএ। ঊশৈদি পালাহয়ে পালা মাহামে মহুহরশাইনে পালা ৩ শঁকএ। মাংথৈ হোলি পালাস্থু কাবক্তমা মরবায় হোলদা শকলৈএ। তথেম নিংথৌগী মহম্মা মিপা ৩ লাকএ। মহারাণীগী থৌপ্রাহুং লাকএ। মখিং নবযাত্র কৌএ। মাময়গয়দগীনে। চম্পাদেশতগী শেরসিং রাজকুমারম্থু লাকই। যুধসেন পানদাসমসের মহারাজগী মপুনিপা প্রভুরাজম্ লাকই। শ্রীযুৎকী শোয়ারা য়াম্বা মীয়াম অহু মশীং লাকপা চমথিদে। অহুগী মক ওইবা উমংলাই পুমনমক কিয়োই দক্ষিনা বংলে।

## লোইরবা

## মৈতৈ নিংথৌশিংগী মিং অমসুং মতম

| মথং মনাও | নিংথৌশিংগী মিং | পানখিবা মতম শকাব্দ | পানখিবা মতম খৃষ্টাব্দ | পানখিবা চহী | খাওকম লামায় |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | নৈখিংঙ্, বোংবা শকাব্দ মথাও লাইবেন পাখংবা | চহী ৪৫— শকাব্দ ৭৬ | ৩৩—১৫৪ | ১২০ | ১ |
| ২ | নৈখিংঙ্, খুইয়োই তোম্পোক | ৭৬—১৮৬ | ১৫৪—২৬৪ | ১০ | ১ |
| ৩ | ,, তাওথিংমাং | ১৮৬—২৮৬ | ২৬৪—৩৬৪ | ১০০ | ৩ |
| ৪ | ,, খুই নিংগোনবা | ২৮৬—৩০১ | ৩৬৪—৩৭৯ | ১৫ | ৩ |
| ৫ | নৈখিংঙ্, পেংশিবা | ৩০১—৩১৬ | ৩৭৯—৩৯৪ | ১৫ | ৩ |
| ৬ | ,, কাওখংবা | ৩১৬—৩৩৩ | ৩৯৪—৪১১ | ১৭ | ৩ |
| ৭ | ,, নাওথিংখোং | ৩৩৩—৩৫০ | ৪১১—৪২৮ | ১৭ | ৩ |
| ৮ | ,, নাওখংবা | ৩৫০—৪৪০ | ৪২৮—৫১৮ | ৯০ | ৪ |
| ৯ | ,, সমৈরাং | ৪৪০—৪৯০ | ৫১৮—৫৬৮ | ৫০ | ৪ |
| ১০ | ,, উরাকোন্থৌবা | ৪৯০—৫৮০ | ৫৬৮—৬৫৮ | ৯০ | ৫ |
| ১১ | ,, নাওথিংখোং | ৫৮৫—৬৮৫ | ৬৬৩—৭৬৩ | ১০০ | ৫—৬ |
| ১২ | ,, খোংতেকচা | ৬৮৫—৬৯৫ | ৭৬৩—৭৭৩ | ১০ | ৬ |
| ১৩ | ,, * কৈরেনচা | ৭০৬—৭২১ | ৭৮৪—৭৯৯ | ১৫ | ৭ |
| ১৪ | ,, য়ারবা | ৭২১—৭৪৩ | ৭৯৯—৮২১ | ২২ | ৭ |
| ১৫ | ,, অয়াংবা | ৭৪৩—৮০২ | ৮২১—৮৮০ | ৫৯ | ৭ |
| ১৬ | ,, নিংথৌচেং | ৮০২—৮৭১ | ৮৮০—৯৪৯ | ৬৯ | ৭ |
| ১৭ | ,, চেংলৈ-ইপান লান্থাবা | ৮৭১—৮৯১ | ৯৪৯—৯৬৯ | ২০ | ৮ |
| ১৮ | নৈখিংঙ্, য়াংলৌ কৈফাবা | ৮৯১—৯০৬ | ৯৬৯—৯৮৪ | ১৫ | ৮ |
| ১৯ | নৈখিংঙ্, ইরেংবা | ৯০৬—৯৯৬ | ৯৮৪—১০৭৪ | ৯০ | ৮ |
| ২০ | ,, লোইয়ুম্বা | ৯৯৬—১০৪৪ | ১০৭৪—১১২২ | ৪৮ | ৯ |

* নৈখিংঙ্, খোংতেকচাগী মথংদা চহী ১১ নিংথৌ পানখিদে।

| মথং মনাক | নিংথৌশিংগী মিং | পানখিবা মতম শকাব্দ | খৃষ্টাব্দ | পাহুং চহী | মাংথোক লামায় |
| --- | --- | --- | --- | --- | --- |
| ২১ | ,, লোইতোংবা | ১০৪৪—১০৭২ | ১১২২—১১৫০ | ২৮ | ১০ |
| ২২ | ,, অতোম য়োইরেম্বা | ১০৭২—১০৮৫ | ১১৫০—১১৬৩ | ১৩ | ১১ |
| ২৩ | মৈদিংগু হেমাংবা | ১০৮৫—১১১৭ | ১১৬৩—১১৯৫ | ৩২ | ১১ |
| ২৪ | ,, থবাংথাবা | ১১১৭—১১৫৩ | ১১৯৫—১২৩১ | ৩৬ | ১১—১২ |
| ২৫ | ,, চিংথাং-লাংথাবা | ১১৫৩—১১৬৪ | ১২৩১—১২৪২ | ১১ | ১৩ |
| ২৬ | ,, থিংবাই-শেলহোংবা | ১১৬৪—১১৬৯ | ১২৪২—১২৪৭ | ৫ | ১৩ |
| ২৭ | ,, পুরানথাবা | ১১৬৯—১১৮৫ | ১২৪৭—১২৬৩ | ১৬ | ১৩—১৪ |
| ২৮ | ,, খুমোম্বা | ১১৮৫—১২০০ | ১২৬৩—১২৭৮ | ১৫ | ১৪ |
| ২৯ | ,, মোইরাংবা | ১২০০—১২২৪ | ১২৭৮—১৩০২ | ২৪ | ১৫ |
| ৩০ | ,, থাংবী লানথাবা | ১২২৪—১২৪৬ | ১৩০২—১৩২৪ | ২২ | ১৫—১৬ |
| ৩১ | ,, কোংয়াম্বা | ১২৪৬—১২৫৭ | ১৩২৪—১৩৩৫ | ১১ | ১৬ |
| ৩২ | ,, তেলহৈবা | ১২৫৭—১২৭৭ | ১৩৩৫—১৩৫৫ | ২০ | ১৬ |
| ৩৩ | ,, তোনাবা | ১২৭৭—১২৮১ | ১৩৫৫—১৩৫৯ | ৫ | ১৭ |
| ৩৪ | ,, তবুংবা | ১২৮১—১৩১৬ | ১৩৫৯—১৩৯৪ | ৩৫ | ১৭ |
| ৩৫ | ,, লাইরেনবা | ১৩১৬—১৩২১ | ১৩৯৪—১৩৯৯ | ৫ | ১৭ |
| ৩৬ | ,, পুনশিবা | ১৩২৬—১৩৫৪ | ১৪০৪—১৪৩২ | ২৮ | ১৭—১৮ |
| ৩৭ | ,, নিংথৌখোম্বা | ১৩৫৪—১৩৮৯ | ১৪৩২—১৪৬৭ | ৩৫ | ১৮—১৯ |
| ৩৮ | মৈদিংগু ক্যাম্বা | ১৩৮৯—১৪৩০ | ৪৬৭—১৫০৮ | ৪১ | ১৯—২১ |
| ৩৯ | ,, কোইরেম্বা | ১৪৩০—১৪৩৪ | ১৫০৮—১৫১২ | ৪ | ২১—২২ |
| ৪০ | মৈদিংগু লমক্যাম্বা | ১৪৩৪—১৪৪৫ | ১৫১২—১৫২৩ | ১১ | ২২—২৩ |
| ৪১ | ,, নোংইনফাবা | ১৪৪৫—১৪৪৬ | ১৫২৩—১৫২৪ | ১ | ২৩ |
| ৪২ | ,, কবোম্বা | ১৪৪৬—১৪৬৪ | ১৫২৪—১৫৪২ | ১৮ | ২৩—২৪ |
| ৪৩ | ,, তাংজাম্বা | ১৪৬৪—১৪৬৭ | ১৫৪২—১৫৪৫ | ৩ | ২৪—২৫ |
| ৬৪ | ,, চলাম্বা | ১৪৬৭—১৪৮৪ | ১৫৪৫—১৫৬২ | ১৭ | ২৫—২৬ |

| মথং মনাউ | নিংথৌশিংগী মিং | পানখিবা মতম শকাব্দ | পানখিবা মতম খৃষ্টাব্দ | পানখিবা চহী | য়াওবদু লামায় |
|---|---|---|---|---|---|
| ৪৫ | ,, মুংয়াম্বা | ১৪৮৪—১৫১৯ | ১৫৬২—১৫৯৭ | ৩৫ | ২৬—৩১ |
| ৪৬ | ,, খাগেম্বা | ১৫১৯—১৫৭৪ | ১৫৯৭—১৬৫২ | ৫৫ | ৩১—৪২ |
| ৪৭ | ,, খুন্জাওবা | ১৫৭৪—১৫৮৮ | ১৬৫২ - ১৬৬৬ | ১৫ | ৪২—৪৬ |
| ৪৮ | ,, পাইখোম্বা | ১৫৮৮—১৬১৯ | ১৬৬৬—১৬৯৭ | ৩২ | ৪৬—৬০ |
| ৪৯ | ,, চরাইরোংবা | ১৬১৯—১৬৩১ | ১৬৯৭—১৭০৯ | ১২ | ৬১—৭২ |
| ৫০ | ,, গরিবনিবাজ ( ময়াম্বা ) | ১৬৩১—১৬৭০ | ১৭০৯—১৭৪৮ | ৩৯ | ৭২—১১৯ |
| ৫১ | ,, চিংথাই | ১৬৭০—১৬৭৪ | ১৭৪৮—১৭৫২ | ৪ | ১১৯—১২০ |
| ৫২ | , ভরতশাই | ১৬৭৪—১৬৭৫ | ১৭৫২—১৭৫৩ | ২ | ১২০—১২১ |
| ৫৩ | ,, মরাম্বা | ১৬৭৫—১৬৮১ | ১৭৫৩— ৭৫৯ | ৬ | ১২১—১২২ |
| ৬৪ | ,, চীংথংখোম্বা | ১৬৮১—১৬৮৩ | ১৭৫৯— ১৭৬১ | ৩ | ১২২—১২৩ |
| ৫৫ | ,, ময়াম্বা | ১৬৮৩—১৬৮৫ | ১৭৬১—১৭৬৩ | ১ | ১২৪ |
| ৫৬ | ,, চীংথংখোম্বা | ১৬৮৫—১৭২০ | ১৭৬৩—১৭৯৮ | ৩৫ | ১২৪—১৭৪ |
| ৫৭ | ,, লাবণ্যচন্দ্র | ১৭২০—১৭২২ | ১৭৯৮—১৮০০ | ৩ | ১৭৪—১৭৮ |
| ৫৮ | ,, মধুচন্দ্র | ১৭২২—১৭২৫ | ১৮০০—১৮০৩ | ৩ | ১৭৮—১৮৪ |
| ৫৯ | ,, চৌরজিৎ | ১৭২৫—১৭৩৫ | ১৮০৩—১৮১৩ | ১০ | ১৮৪—২১১ |
| ৬০ | ,, মার্জিৎ | ১৭৩৫—১৭৪১ | ১৮১৩—১৮১৯ | ৬ | ২১১—২১৬ |
| ৬১ | ,, * ভাকুনিংথৌ ( হেরাচন্দ্র ) | ১৭৪১— | ১৮১৯ | ১ | ২১৬—২১৮ |
| ৬২ | ,, * যুমজাওতাবা | ১৭৪১—১৭৪২ | ১৮২০ | ১ | ২১৯ |
| ৬৩ | ,, মৈদিংগু *গম্ভীরসিং | ১৭৪৩ | ১৮২১ | থা ৬ | ২১৯ |
| ৬৪ | ,, * জয়সিংহ | ১৭৪৩—৪৪ | ১৮২২ | ১ | ২১৯—২২০ |
| ৬৫ | ,, * যদুসিং ( খোংপোক চিংলেন খোম্বা ) | ১৭৪৪—১৭৪৫ | ১৮২৩ | ১ | ২২০—২২২ |
| ৬৬ | * মৈদিংগু রাঘবসিংহ | ১৭৪৫—১৭৪৬ | ১৮২৩—২৪ | ২ | ২২২—২২৪ |

| মথং মনাউ | নিংথৌশিংগী মিং | পাললিবা মতম শকাব্দ | পাললিবা মতম খৃষ্টাব্দ | পাল্লবা চহী | থাওকপ লামায় |
|---|---|---|---|---|---|
| ৬৭ | * খোংচুপ লম্পাইওবা (ভদ্রসিং) | ১৭৪৬ | ১৮২৪ | ১ | ২২৪ |
| ৬৮ | মৈদিংগু, গম্ভীরসিং (চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা) | ১৭৪৭—১৭৫৫ | ১৮২৫—১৮৩৪ | ৯ | ২২৪—২৪৪ |
| ৬৯ | মৈদিংগু, চন্দ্রকীর্ত্তি (নিংথেমপিশক) | ১৭৫৫—১৭৬৫ | ১৮৩৪—১৮৪৪ | ১০ | ২৪৪—২৬৫ |
| ৭০ | মৈদিংগু, নরসিংহ | ১৭৬৫—১৭৭১ | ১৮৪৪—১৮৫০ | ৬ | ২৬৫—২৯১ |
| ৭১ | ,, দেবেন্দ্রসিং | ১৭৭১—১৭৭২ | ১৮৫০ | থা ৬ | ২৯১—৩০২ |
| ৭২ | ,, চন্দ্রকীর্ত্তি কে. সি. এস, আই | ১৭৭২—১৮০৮ | ১৮৫০—১৮৮৬ | ৩৬ | ৩০২—৪৩৭ |
| ৭৩ | মৈদিংগু, সুরচন্দ্র | ১৮০৮—১৮১২ | ১৮৮৬—১৮৯০ | ৪ | ৪৩৭—৪৮০ |
| ৭৪ | ,, কুলচন্দ্র | ১৮১২—১৮১৩ | ১৮৯০—১৮৯১ | ১ | ৪৮১—৪৯৫ |
| ৭৫ | ,, চূড়াচান্দসিং কে, সি, এস, আই | ১৮১৩—১৮৬৩ | ১৮৯১—১৯৪১ | ৫০ | ৫০২—৫৩৩ |
| ৭৬ | মৈদিংগু, বোধচন্দ্রসিংহ | ১৮৬৩—১৮৭৭ | ১৯৪১—১৯৫৫ | ১৪ | ৫৩৫—৬১০ |

* নং ৬১ দগী ৬৭ ফাওবা অসি ওয়া লানকাইনবগী চহী অমসুং খুন্তাকপগী মরমদা খাননিংবা নিংথৌনি।

# চৈথাবশিংগী মিং

| চৈথাবা মীগী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ১ | হিয়াংলোই | ১৪০৬ |
| ২ | মাযোই | ১৪০৭ |
| ৩ | খুরাই ওখা | ১৪০৮ |
| ৪ | খ্বাই হাওমু | ১৪০৯ |
| ৫ | লমটৈ য়ুরোকশি | ১৪১০ |
| ৬ | লমটৈ বাহকপা | ১৪১১ |
| ৭ | অকোইজম হুংঙা | ১৪১২ |
| ৮ | খুরাইজম তম্বা | ১৪১৩ |
| ৯ | খোইবি মাত্রা | ১৪১৪ |
| ১০ | অচৌচা | ১৪১৫ |
| ১১ | মিকপা | ১৪১৬ |
| ১২ | লোখাম থায়োই | ১৪১৭ |
| ১৩ | যোংঙাইবম তাবা | ১৪১৮ |
| ১৪ | থুমু লোনতাই | ১৪১৯ |
| ১৫ | লমদাইবা | ১৪২০ |
| ১৬ | সামুকচি | ১৪২১ |
| ১৭ | খারিশা | ১৪২২ |
| ১৮ | পোংলেম্বা | ১৪২৩ |
| ১৯ | লমটৈবারেম্বা | ১৪২৪ |
| ২০ | লমটৈ চানৌবা | ১৪২৫ |
| ২১ | হাওবা লাংঙা | ১৪২৬ |
| ২২ | চোংথাম অঙোন | ৪২৭ |
| ২৩ | উকাই পংঙা | ১৪২৮ |
| ২৪ | খুমোম্বা খুমখোম্বা | ১৪২৯ |
| ২৫ | লাংপোকচম মোইবাংঙা | ১৪৩০ |
| ২৬ | হাওবা মোরিম্বা | ১৪৩১ |
| ২৭ | লমকেম ঙম্বা | ১৪৩২ |
| ২৮ | সনসম খোইবা | ১৪৩৩ |
| ২৯ | খাগোকপম পাংঙম্বা | ১৪৩৪ |

| চৈথাবা মীগী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ৩০ | মেনখোইবা লাংবৈ | ১৪৩৫ |
| ৩১ | চবুংবম লকা | ১৪৩৬ |
| ৩২ | খয়াম কনমাংঙা | ১৪৩৭ |
| ৩৩ | হিসাবম চা | ১৪৩৮ |
| ৩৪ | চাথোমবম তোম্বা | ১৪৩৯ |
| ৩৫ | হাওবা খোংমুংখা | ১৪৪০ |
| ৩৬ | অয়াকচম খোম্বা | ১৪৪১ |
| ৩৭ | খ্বাই চানৌবা | ১৪৪২ |
| ৩৮ | নোংপোকপম খানিংবা | ১৪৪৩ |
| ৩৯ | উখুম্বম লাংবৈ | ১৪৪৪ |
| ৪০ | নৈচোন আখা | ১৪৪৫ |
| ৪১ | মোইরাং কপচেনবা | ১৪৪৬ |
| ৪২ | হিনাউবা খানামোং | ১৪৪৭ |
| ৪৩ | লাইক্রম খম্বা | ১৪৪৮ |
| ৪৪ | চয়োইবম কোকম্বা | ১৪৪৯ |
| ৪৫ | ময়াংলম্বম লাইবা | ১৪৫০ |
| ৪৬ | ওংনাম কমথাই | ১৪৫১ |
| ৪৭ | খুয়াম খাঙকোক মানবা | ১৪৫২ |
| ৪৮ | ঙাংলোম খাংলেম্বা | ১৪৫৩ |
| ৪৯ | লাইতোনজম মুলেম্বা | ১৪৫৪ |
| ৫০ | বাইরোকপম লম্বা | ১৪৫৫ |
| ৫১ | খিজুজম য়ুহেনবা | ১৪৫৬ |
| ৫২ | নৈচোম কোংঙালোনদুমানবা | ১৪৫৭ |
| ৫৩ | লমটৈ খামানবা | ১৪৫৮ |
| ৫৪ | অঙাইম্বা | ১৪৫৯ |
| ৫৫ | মাইয়োকপম ম্নাথোক | ১৪৬০ |
| ৫৬ | লাইমিংঙা | ১৪৬১ |

| | চৈথাবা মীপী মিং | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ৫৭ | অতোম কৈশম্বা | ১৪৬২ |
| ৫৮ | তাম্নিনাপাচাওবা | ১৪৬৩ |
| ৫৯ | হিমাউবম খোম্বা | ১৪৬৪ |
| ৬০ | ইবোম কাম্বা | ১৪৬৫ |
| ৬১ | মুক্রাম চুম্বা | ১৪৬৬ |
| ৬২ | চবুংবম লম্বা | ১৪৬৭ |
| ৬৩ | তোমবা লাংলোনচাম্বা | ১৪৬৮ |
| ৬৪ | ম্রাঙবম খোম্বি | ১৪৬৯ |
| ৬৫ | তাংলোম্বা | ১৪৭০ |
| ৬৬ | ছুইরেম লব | ১৪৭১ |
| ৬৭ | লমলৈ খেনবা | ১৪৭২ |
| ৬৮ | মায়চম্বা | ১৪৭৩ |
| ৬৯ | খোংডাইবম তেমবা | ১৪৭৪ |
| ৭০ | ইবোম খম্বা | ১৪৭৫ |
| ৭১ | লোংলেনম মায়মু | ১৪৭৬ |
| ৭২ | খিংবাইজম পাংজম | ১৪৭৭ |
| ৭৩ | পাংগবা চাখবা | ১৪৭৮ |
| ৭৪ | তাবা তাংলাপা | ১৪৭৯ |
| ৭৫ | শিনাইবা অতেং | ১৪৮০ |
| ৭৬ | তোমবা লৈচোনবা | ১৪৮১ |
| ৭৭ | খমলোইবম খোইচা | ১৪৮২ |
| ৭৮ | খোংতাইবা নিংথৌবা | ১৪৮৩ |
| ৭৯ | মোইরাংথেম খম্বা | ১৪৮৪ |
| ৮০ | তাউবম খম্বা পাউতম্বা | ১৪৮৫ |
| ৮১ | কোনসাবা লম্বা | ১৪৮৬ |
| ৮২ | হৈস্নাম মাকলা | ১৪৮৭ |
| ৮৩ | খুরায় তাসাবা | ১৪৮৮ |
| ৮৪ | চোংথাম খাম্বা | ১৪৮৯ |
| ৮৫ | খুরাই .খন লাকপা | ১৪৯০ |
| ৮৬ | তাখি হৈরাঙখোং | ১৪৯১ |
| ৮৭ | অতোম উকম্বা | ১৪৯২ |
| ৮৮ | লাইতোনজম কানা | ১৪৯৩ |
| ৮৯ | খাগোকপম পাংগবা | ১৪৯৪ |
| ৯০ | খোংলম্বু খেত্তৌ | ১৪৯৫ |
| ৯১ | নম্বুরম লুরোং | ১৪৯৬ |
| ৯২ | মুবা খুৎচৈবা | ১৪৯৭ |
| ৯৩ | হৈস্নাম রাকচাং | ১৪৯৮ |
| ৯৪ | মুরা লেম্বাই | ১৪৯৯ |
| ৯৫ | সরাংথেম তাইখোম্বা | ১৫০০ |
| ৯৬ | খাংজম প তন | ১৫০১ |
| ৯৭ | লায়রাংথেম আখা | ১৫০২ |
| ৯৮ | লায়রাংথেম লুখোই | ১৫০৩ |
| ৯৯ | খুম্নোংবম্বী কুম | ১৫০৪ |
| ১০০ | তাকেংবম তোম্বা | ১৫০৫ |
| ১০১ | ওয়ম তোম্বা | ১৫০৬ |
| ১০২ | খেনখোইবা মুবা | ১৫০৭ |
| ১০৩ | হিসাবম তাবা | ১৫০৮ |
| ১০৪ | খুরাই রাওরম | ১৫০৯ |
| ১০৫ | লোয়তোংবম | |
| | তেংগোল | ১৫১০ |
| ১০৬ | হবাইবা | ১৫১১ |
| ১০৭ | খুরাই চাংশোম্বা | ১৫১২ |
| ১০৮ | তেংগোল চাইবা | |
| | তোমাবা | ১৫১৩ |
| ১০৯ | তোজম চুম্বা | ১৫১৪ |
| ১১০ | খোম্বি তারেম | ১৫১৫ |
| ১১১ | ইরোইবম খাম্বা | ১৫১৬ |
| ১১২ | মংসাতাবম কোইরেং | ১৫১৭ |

| | চৈথাবা মীগী মিং | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ১১৩ | হাওখোম মিঙ্কা | ১৫১৮ |
| ১১৪ | থৌদাম মিংসং | ১৫১৯ |
| ১১৫ | কোনথোম লাথাই | ১৫২০ |
| ১১৬ | থাঙৈচম হুয়াম্বা | ১৫২১ |
| ১১৭ | লোয়তোংবম থাঙপুংম্বা | ১৫২২ |
| ১১৮ | লোয়তোংবম মঙাং | ১৫২৩ |
| ১১৯ | মায়েম কপো | ১৫২৪ |
| ১২০ | চকহানথেম খুজাম | ১৫২৫ |
| ১২১ | কৈশাম মঙাং | ১৫২৬ |
| ১২২ | হৈয়াঙথোংজম খোমজাং | ১৫২৭ |
| ১২৩ | থিংকুজম পাঙম | ১৫২৮ |
| ১২৪ | থোংবম মংশা | ১৫২৯ |
| ১২৫ | সরাংথেম শাখোক | ১৫৩০ |
| ১২৬ | মোইবুংলোকপম মঙাং | ১৫৩১ |
| ১২৭ | লোয়তোংবম চেংবা | ১৫৩২ |
| ১২৮ | নিংথৌজম থোরি | ১৫৩৩ |
| ১২৯ | থৌদাম খাকী | ১৫৩৪ |
| ১৩০ | সাইখেম লুকোক | ১৫৩৫ |
| ১৩১ | হাওবম মরাম্বা | ১৫৩৬ |
| ১৩২ | মোইরাংথেম শানোং | ১৫৩৭ |
| ১৩৩ | চনম্বা খয়োই | ১৫৩৮ |
| ১৩৪ | সম্বাম ঙয়াং | ১৫৩৯ |
| ১৩৫ | থিয়াম খোংতা | ১৫৪০ |
| ১৩৬ | মেনথোইবম সায়া | ১৫৪১ |
| ১৩৭ | খুমুকচম লাংবৈ | ১৫৪২ |
| ১৩৮ | লোয়তোংবম ক্যাং | ১৫৪৩ |
| ১৩৯ | হাংথৈদাকপম থাদি | ১৫৪৪ |
| ১৪০ | হাংওবম আকোং | ১৫৪৫ |
| ১৪১ | মৈতবম লমমিং | ১৫৪৬ |
| ১৪২ | হৈস্নাম চেংবা | ১৫৪৭ |
| ১৪৩ | চোংথাম তেনবা | ১৫৪৮ |
| ১৪৪ | তাংনোম কবো | ১৫৪৯ |
| ১৪৫ | থিয়াম খোমা | ১৫৫০ |
| ১৪৬ | নোংপোকপম পাংতম | ১৫৫১ |
| ১৪৭ | লাইশ্রম মাইতেক | ১৫৫২ |
| ১৪৮ | হাওরোইবম খোকা | ১৫৫৩ |
| ১৪৯ | হৈয়াঙথোংজম থায়োং | ১৫৫৪ |
| ১৫০ | হুকবান শানোং | ১৫৫৫ |
| ১৫১ | শম্বাম খোম্বা | ১৫৫৬ |
| ১৫২ | মোইরাং তোনা | ১৫৫৭ |
| ১৫৩ | তাকোম তোনবা | ১৫৫৮ |
| ১৫৪ | চনম্বম চিংশোং | ১৫৫৯ |
| ১৫৫ | মৈতবম মঙাম | ১৫৬০ |
| ১৫৬ | শরাংথেম তাইখোং | ১৫৬১ |
| ১৫৭ | মোইবুংলোকপম শাম্বা | ১৫৬২ |
| ১৫৮ | খুমুকচম সেনম | ১৫৬৩ |
| ১৫৯ | লাইতবম চিংশোং | ১৫৬৪ |
| ১৬০ | মুতুম কদি | ১৫৬৫ |
| ১৬১ | থিয়াম পনশা | ১৫৬৬ |
| ১৬২ | মংশাতাবম খম্বা | ১৫৬৭ |
| ১৬৩ | থৌদাবম অতোম | ১৫৬৮ |
| ১৬৪ | মেনথোইবম মুবা | ১৫৬৯ |
| ১৬৫ | নিংথৌজম খাম্বা | ১৫৭০ |

| চৈথাবা মীগী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ১৬৬ | মোংপোকপম খাম্বোল | ১৫৭১ |
| ১৬৭ | জাংথৈমাকপম খোংনোম | ১৫৭২ |
| ১৬৮ | লাংজেম মরাম্বা | ১৫৭৩ |
| ১৬৯ | শাইরোম নিংসং | ১৫৭৪ |
| ১৭০ | খৌকাকাইচম তখেন | ১৫৭৫ |
| ১৭১ | হাওবোইবম মুবা | ১৫৭৬ |
| ১৭২ | খৌক্রাইচম মরামপা | ১৫৭৭ |
| ১৭৩ | হৈস্নাম থবা | ১৫৭৮ |
| ১৭৪ | মোংপোকপম চিংশোং | ১৫৭৯ |
| ১৭৫ | চনম্বম মুবা | ১৫৮০ |
| ১৭৬ | লাংদেম সনাম্বা | ১৫৮১ |
| ১৭৭ | শাইরেম মানথৈ | ১৫৮২ |
| ১৭৮ | হাওবম কৈশা | ১৫৮৩ |
| ১৭৯ | খৌক্রাইজম মুমদা | ১৫৮৪ |
| ১৮০ | লাইশ্রম অতোম | ১৫৮৫ |
| ১৮১ | লোইতোংবম কাকুম | ১৫৮৬ |
| ১৮২ | হাওবোইবম অথিং | ১৫৮৭ |
| ১৮৩ | তাংলোম লবথা | ১৫৮৮ |
| ১৮৪ | লেইতোংবম চাওবা | ১৫৮৯ |
| ১৮৫ | কৈশাম লাংথৈ | ১৫৯০ |
| ১৮৬ | লম্বাম শরা | ১৫৯১ |
| ১৮৭ | খৌক্রাইজম জোংখুম | ১৫৯২ |
| ১৮৮ | থৈস্নাম তেনবা | ১৫৯৩ |
| ১৮৯ | খৌদাবম থদোই | ১৫৯৪ |
| ১৯০ | খুমুকচম যোমচা | ১৫৯৫ |

| চৈথাবা মীগী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ১৯১ | হাওবোইবম তোবা | ১৫৯৬ |
| ১৯২ | লৌক্রাকপম পোরৌ | ১৫৯৭ |
| ১৯৩ | মোইবুং লোকপম পোংশা | ১৫৯৮ |
| ১৯৪ | চনম শামুরোক | ১৫৯৯ |
| ১৯৫ | মাংথৈমাকপম জোনতাই | ১৬০০ |
| ১৯৬ | মেনথোইবম থবা | ১৬০১ |
| ১৯৭ | হৈস্নাম ক্যাম্বা | ১৬০২ |
| ১৯৮ | শাইবোম মাইস্নু | ১৬০৩ |
| ১৯৯ | লাংদেম মস্নাং | ১৬০৪ |
| ২০০ | মাংশবম কোইরেং | ১৬০৫ |
| ২০১ | নৈশাম ললহাং | ১৬০৬ |
| ২০২ | তাংলোম পুন্সি | ১৬০৭ |
| ২০৩ | মোংপোকপম খোম্বা | ১৬০৮ |
| ২০৪ | চনম্বম চাওবা | ১৬০৯ |
| ২০৫ | জাংথৈমাকপম থো চোম্বা | ১৬১০ |
| ২০৬ | খৌগ্রাইজম কোইরেং | ১৬১১ |
| ২০৭ | খৌগ্রাইজম মুবা | ১৬১২ |
| ২০৮ | শনথাম লুকোক | ১৬১৩ |
| ২০৯ | হাওবোইবম অমু | ১৬১৪ |
| ২১০ | কৈশাম শামু | ১৬১৫ |
| ২১১ | মোংপোকপম লাংথৈ | ১৬১৬ |
| ২১২ | হাওইবম মুংখোম্বা | ১৬১৭ |
| ২১৩ | মেনথোইবা লাংথৈ | ১৬১৮ |
| ২১৪ | চনম্বা শাবা | ১৬১৯ |
| ২১৫ | থৈস্নাম হিয়াম্বা | ১৬২০ |
| ২১৬ | শাইরোম মানথৈ | ১৬২১ . |

| | চৈথাবা মীগী মিং | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ২১৭ | নিংথৌখম্বম মাইচৌ | ১৬২২ |
| ২১৮ | হাওবোইবম লনহাং | ১৬২৩ |
| ২১৯ | আমাম্বম খুনজানবা | ১৬২৪ |
| ২২০ | খুমুকচম মোইরাম্বা | ১৬২৫ |
| ২২১ | মোইরাং কোংয়াম্বা | ১৬২৬ |
| ২২২ | নোংচেনবম থোমবা | ১৬২৭ |
| ২২৩ | অশাংবম অকোয়ই | ১৬২৮ |
| ২২৪ | বাবোন মলিক | ১৬২৯ |
| ২২৫ | হৈস্নাম অতোন | ১৬৩০ |
| ২২৬ | থৌবাইজম খুনওম | ১৬৩১ |
| ২২৭ | থৌদাম খোংজোন | ১৬৩২ |
| ২২৮ | হাংথৈরাকপম কোংয়াম্বা | ১৬৩৩ |
| ২২৯ | আথাম ওাইথোম্বা | ১৬৩৪ |
| ২৩০ | ওাংথোম চাওবা | ১৬৩৫ |
| ২৩১ | ইরোম কোইচোম্বা | ১৬৩৬ |
| ২৩২ | অশাংবম হাওচৌ | ১৬৩৭ |
| ২৩৩ | চোংথাম লৈশং | ১৬৩৮ |
| ২৩৪ | হাইস্নাম লাইবা | ১৬৩৯ |
| ২৩৫ | সাইরোম পমথা | ১৬৪০ |
| ২৩৬ | হাওইবম ক্যাম্বা | ১৬৪১ |
| ২৩৭ | কৈশাম ওবা | ১৬৪২ |
| ২৩৮ | থৌদাবা হৈতোম | ১৬৪৩ |
| ২৩৯ | পুথেম ইবাই | ১৬৪৪ |
| ২৪০ | থামনবা মেমা | ১৬৪৫ |
| ২৪১ | মোইরাং খোইদোং | ১৬৪৬ |
| ২৪২ | লংমাইথেম লোইজা | ১৬৪৭ |
| ২৪৩ | য়েংখোকপম লেংহাম | ১৬৪৮ |
| ২৪৪ | নিংথোম্বম ক্যাম্বা | ১৬৪৯ |

| | চৈথাবা মীগী মিং | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ২৪৫ | ওথেন মোনশাং | ১৬৫০ |
| ২৪৬ | শাজোকপম শাইপূ | ১৬৫১ |
| ২৪৭ | সগাইজম পাংওন | ১৬৫২ |
| ২৪৮ | চিরোম থোম্বা | ১৬৫৩ |
| ২৪৯ | অমোম ওাকোং | ১৬৫৪ |
| ২৫০ | লাইথোম লুথাং | ১৬৫৫ |
| ২৫১ | থূমন চৈরাকপম লমকেন | ১৬৫৬ |
| ২৫২ | জৌকাকপম মোইরাম্বা | ১৬৫৭ |
| ২৫৩ | থামম গম্ভাখাম | ১৬৫৮ |
| ২৫৪ | ক্ষেত্রি গোবর্দ্ধন | ১৬৫৯ |
| ২৫৫ | খিংবাইজম কাক | ১৬৬০ |
| ২৫৬ | লাংপোকলাকপম মোইরাম্বা | ১৬৬১ |
| ২৫৭ | মোইরাং কোইরেং | ১৬৬২ |
| ২৫৮ | কবো লাপোং | ১৬৬৩ |
| ২৫৯ | ওয়্থ ক্যাম্বা | ১৬৬৪ |
| ২৬০ | কোথোন লমজা | ১৬৬৫ |
| ২৬১ | থাংগা ওথেন | ১৬৬৬ |
| ২৬২ | ম্নগম মাইজৌ | ১৬৬৭ |
| ২৬৩ | ওাইরাংবম মুংয়াং | ১৬৬৮ |
| ২৬৪ | কোমলম মাইমু | ১৬৬৯ |
| ২৬৫ | খুংলেম পাওম | ১৬৭০ |
| ২৬৬ | মোইরেংবম মাইতেক | ১৬৭১ |
| ২৬৭ | নোংথোম্বম শানোং | ১৬৭২ |
| ২৬৮ | লুক্রাম তেনবা | ১৬৭৩ |
| ২৬৯ | চান্দম চিংশোং | ১৬৭৪ |

| চৈথাবা মীগী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ২৭০ | খোংথোক কোংয়াম্বা | ১৬৭৫ |
| ২৭১ | খৌনাওজম ময়াম্বা | ১৬৭৬ |
| ২৭২ | লাংশংবম আকোং | ১৬৭৭ |
| ২৭৩ | ক্যাংখোং মেরা | ১৬৭৮ |
| ২৭৪ | চবুক্কেম ব্লাকচিং | ১৬৭৯ |
| ২৭৫ | খিংকুজম অমু | ১৬৮০ |
| ২৭৬ | খামরন চিন্দুম | ১৬৮১ |
| ২৭৭ | নাম্বৈবা লখোম | ১৬৮২ |
| ১৭৮ | মাওসেকপম চিংখেম | ১৬৮৩ |
| ২৭৯ | ভারংবাম পনলিং | ১১৮৪ |
| ২৮০ | শঙ্গাং পলিং | ১৬৮৫ |
| ২৮১ | লাইশ্রম কংগোরাম | ১৬৮৬ |
| ২৮২ | বাঙোন পিতম্বর | ১৬৮৭ |
| ২৮৩ | বাঙোম জয়কৃষ্ণ | ১৬৮৮ |
| ২৮৪ | বাঙেন হরিনন্দ | ১৬৮৯ |
| ২৮৫ | লাইশ্রম পানলোই | ১৬৯০ |
| ২৮৬ | লংমাইথেম কিয়োং | ১৬৯১ |
| ২৮৭ | মকোংখাংলপুং | ১৬৯২ |
| ২৮৮ | মাইস্নাম পুয়েং | ১৬৯৩ |
| ২৮৯ | মোংখোনবা মুবা | ১৬৯৪ |
| ২৯০ | লাইখিকয়েংবা মক্রা | ১৬৯৫ |
| ২৯১ | চিংতম হোংবা | ১৬৯৬ |
| ২৯২ | খাইরংবা আনন্দরাম | ১৬৯৭ |
| ২৯৩ | চৈস্নাম খুজম | ১৬৯৮ |
| ২৯৪ | সেকমাই মুবা | ১৬৯৯ |
| ২৯৫ | অকোকশা গোবিন্দরাম | ১৭০০ |
| ২৯৬ | মাইবম চক্রপানি | ১৭০১ |
| ২৯৭ | ভখেম রামচরণ | ১৭০২ |

| চৈথাবা মিগী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ২৯৮ | রাইখোং লমথাং | ১৭০৩ |
| ২৯৯ | তাইমজম তাংখুল | ১৭০৪ |
| ৩০০ | হাহেংবম ওকলাবা | ১৭০৫ |
| ৩০১ | শঙাইথেম্রৌ লাই | ১৭০৬ |
| ৩০২ | লাইখিকয়েংবা মুনিরাম | ১৭০৭ |
| ৩০৩ | পুখ্রম পাঙন | ১৭০৮ |
| ৩০৪ | অকোইজম খোংজোম্বা | ১৭০৯ |
| ৩০৫ | খাইখোম মাওশেক | ১৭১০ |
| ৩০৬ | রাইখোম খোইদোং | ১৭১১ |
| ৩০৭ | কবচিং কৈথেন | ১৭১২ |
| ৩০৮ | ওয়াংথোমবম পমশা | ১৭১৩ |
| ৩০৯ | অকোইজম খোংজোম্বা | ১৭১৪ |
| ৩১০ | নিংথৌমপা খোম্বা | ১৭১৫ |
| ৩১১ | থোকচোম কোইবা | ১৭১৬ |
| ৩১২ | লাইরেঞ্জম গঙ্গারাম | ১৭১৭ |
| ৩১৩ | খরাইসম পুরুষোত্তম | ১৭১৮ |
| ৩১৪ | মাঙ্গৈবা লক্ষণ | ১৭১৯ |
| ৩১৫ | লাইখিকয়েংবা অয়োই | ১৭২০ |
| ৩১৬ | খৌদাম খোংজোম্বা | ১৭২১ |
| ৩১৭ | মাইস্নাম পুওখোন | ১৭২২ |
| ৩১৮ | থাজ খুজাও | ১৭২৩ |
| ৩১৯ | লাইশ্রম অচৌ | ১৭২৪ |
| ৩২০ | এংখোম খুজম | ১৭২৫ |
| ৩২১ | হিরোম কোইবা | ১৭২৬ |
| ৩২২ | মোইরাং পালোই | ১৭২৭ |

| চৈথারা মীগী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ৩২৩ | থাংকা হেরা | ১৭২৮ |
| ৩২৪ | খেনচোকপা শ্যামরায় | ১৭২৯ |
| ৩২৫ | মুমরায় আয়োক শংলেন লাকপা | ১৭৩০ |
| ৩২৬ | লৈশাংখেম থারম | ১৭৩১ |
| ৩২৭ | খোংনম কৌরাং | ১৭৩২ |
| ৩২৮ | সোইনম লাইপা | ১৭৩৩ |
| ৩২৯ | নাওরেম খুলিং | ১৭৩৪ |
| ৩৩০ | সিনাম মুংরামপা | ১৭৩৫ |
| ৩৩১ | লংমাইখেম মনি | ১৭৩৬ |
| ৩৩১ | লিকমাবা শ্রীখোম | ১৭৩৭ |
| ৩৩৩ | লোইতোংবা চন্দ্র | ১৭৩৮ |
| ৩৩৪ | লাইশ্রম তাম্রসিং | ১৭৩৯ |
| ৩৩৫ | লাইবিরক্লেংবম খেলরায় | ১৭৪০ |
| ৩৩৬ | রাকমপা হরি | ১৭৪১ |
| ৩৩৭ | মোইরা· খেলেম্বা | ১৭৪২ |
| ৩৩৮ | খোকচোম খুল্লিং | ১৭৪৩ |
| ৩৩৯ | হাওপিজম হোংবা | ১৭৪৪ |
| ৩৪০ | অশাংপম হাওচৌ | ১৭৪৫ |
| ৩৪১ | তাংখম খোইপাক | ১৭৪৬ |
| ৩৪২ | ওটমায় বলরাম | ১৭৪৭ |
| ৩৪৩ | সোইনম খুলিং | ১৭৪৮ |
| ৩৪৪ | মুতুম খোম্বা | ১৭৪৯ |
| ৩৪৫ | মাংলেম খুনচাও | ১৭৫০ |
| ৩৪৬ | খিরাম অনন্তরাম | ১৭৫১ |
| ৩৪৭ | পুখ্রনপা তাংখোমপা | ১৭৫২ |
| ৩৪৮ | মাংশু হাওচৌ | ১৭৫৩ |

| চৈথারা মীগী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ৩৪৯ | থাংজম উরাবা | ১৭৫৪ |
| ৩৫০ | নিংথৌজম নব | ১৭৫৫ |
| ৩৫১ | মোইরাং মুকুন্দ | ১৭৫৬ |
| ৩৫২ | মায়বম শ্যাম | ১৭৫৭ |
| ৩৫৩ | সোগাইজম তাপা | ১৭৫৮ |
| ৩৫৪ | নাওরেম হরি | ১৭৫৯ |
| ৩৫৫ | মুরাম বিশ্বা | ১৭৬০ |
| ৩৫৬ | সমাইশম হরি | ১৭৬১ |
| ৬৫৭ | চোংচোম্বা রূপ | ১৭৬২ |
| ৩৫৮ | হৈমনাম পূর্ণ | ১৭৬৩ |
| ৩৫৯ | মুতুম্বা মোহন | ১৭৬৪ |
| ৩৬০ | অহোংশাংপম খেমসিং | ১৭৬৫ |
| ৩৬১ | লুরাংচোমপা পদ্মসিং | ১৭৬৬ |
| ৩৬২ | অথৈপা মুহনসিং | ১৭৬৭ |
| ৩৬৩ | ককচিং কলসিং | ১৭৬৮ |
| ৩৬৪ | কমেং খুমজাও | ১৭৬৯ |
| ৩৬৫ | মুমনাপা মেমাসিং | ১৭৭০ |
| ৩৬৬ | লৈমপোকপম তামচৌ | ১৭৭১ |
| ৩৬৭ | পুরাম মুণাশিং | ১৭৭২ |
| ৩৬৮ | কুশী খুন মাথাবা | ১৭৭২ |
| ৩৬৯ | অঙ্গ্রো গোবিন্দ | ১৭৭৪ |
| ৩৭০ | খিদুচাম্বা চিংশোম্বা | ১৭৭৫ |
| ৩৭১ | খোরিখুন চাওবা | ১৭৭৬ |
| ৩৭২ | সেকমাই দেবাঙ্গ | ১৭৭৭ |
| ৩৭৩ | ককচিং চন্দ্রশ্যাম | ১৭৭৮ |
| ৩৭৪ | লাইশ্রম বলদেব | ১৭৭৯ |

| চৈথাবা মীশী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ৩৭৫ | মুরাম চাওবা | ১৭৮০ |
| ৩৭৬ | থিঙ্গুঙাবা চক্রপানি | ১৭৮১ |
| ৩৭৭ | খোকচাও চান্দ | ১৭৮২ |
| ৩৭৮ | লৈশাং দেবান্দ | ১৭৮৩ |
| ৩৭৯ | ওইনাম ব্রজ | ১৭৮৪ |
| ৩৮০ | শবোংখাইবম চন্দ্রসিং | ১৭৮৫ |
| ৩৮১ | বাইথ্বা কেমসিং | ১৭৮৬ |
| ৩৮২ | চনম্বা ফলচোপ | ১৭৮৭ |
| ৩৮৩ | বাইথ্বা বিনোদ | ১৭৮৮ |
| ৩৮৪ | সোইবম বলসিং | ১৭৮৯ |
| ৩৮৫ | তাওরিয়া কৃত্তিবাসি | ১৭৯০ |
| ৩৮৬ | মোইরাং চৈতন্তসিং | ১৭৯১ |
| ৩৮৭ | মাইস্নাম দেবসিং | ১৭৯২ |
| ৩৮৮ | লাইশ্রম পূর্ণসিং | ১৭৯৩ |
| ৩৮৯ | কাওয়োংবা দেব | ১৭৯৪ |
| ৩৯০ | লাওবেম চাওবা | ১৭৯৫ |
| ৩৯১ | থাংজম চাওবা | ১৭৯৬ |
| ৩৯২ | অপুঙাম্বা কুল | ১৭৯৭ |
| ৩৯৩ | কাংহুজাম্বা খেমা | ১৭৯৮ |
| ৩৯৪ | থাংচাকপা চাওবা | ১৭৯৯ |
| ৩৯৫ | হাওবিজাম্বা চন্দ্রসিং | ১৮০০ |
| ৩৯৬ | নোংথোমবা ধর্ম্ম | ১৮০১ |
| ৩৯৭ | হৈক্রুজম চাওবা | ১৮০২ |
| ৩৯৮ | খোকচাও চাওথোই | ১৮০৩ |
| ৩৯৯ | ওইনাম পূর্ণ | ১৮০৪ |
| ৪০০ | বাইথ্বা দেবসিং | ১৮০৫ |
| ৪০১ | হৈস্নাম ধর্ম্ম | ১৮০৬ |
| ৪০২ | খোইরুবা নবশ্যাম | ১৮০৭ |

| চৈথাবা মাশী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ৪০৩ | মাওবিয়া পূনশি | ১৮০৮ |
| ৪০৪ | খুন্দোংবা বোলসিং | ১৮০৯ |
| ৪০৫ | নাওরিয়া শাজৌ | ১৮১০ |
| ৪০৬ | লুরাংশংবা গৌর | ১৮১১ |
| ৪০৭ | মাইখ্যা সুখোম | ১৮১২ |
| ৪০৮ | অহোংশাংবা হুর্লভ | ১৮১৩ |
| ৪০৯ | সেকমাই লিলাশিং | ১৮১৪ |
| ৪১০ | সেকমাই ললিতো | ১৮১৫ |
| ৪১৩ | খোরিথুন চৈতন্য | ১৮১৬ |
| ৪১২ | সেকমাই কোমলসিং | ১৮১৭ |
| ৪১৩ | খোরিথুম লৈরিজাও | ১৮১৮ |
| ৪১৪ | সেকমাই লালসিং | ১৮ ৯ |
| ৪৭৫ | সেকমাই লবন | ১৮২০ |
| ৪১৬ | খোরিথুন কৃত্তি | ১৮২১ |
| ৪১৭ | সেকমাই কলসিং | ১৮২২ |
| ৪১৮ | লৈস্রাম ললিতো | ১৮২৩ |
| ৪১৯ | ককচিং লোখোম | ১৮২৪ |
| ৪২০ | খোরিথুন বোতোনসিং | ১৮২৫ |
| ৪২১ | খোরিথুন খোলোসিং | ১৮২৬ |
| ৪২২ | সেকমাই কৃত্তি | ১৮২৭ |
| ৪২৩ | সেকমাই হেমোসিং | ১৮২৮ |
| ৪২৪ | সেকমাই লৈখোন | ১৮২৯ |
| ৪২৫ | অম্রো চাওবা | ১৮৩০ |
| ৪২৬ | কমেং চাওবা | ১৮৩১ |
| ৪২৭ | অম্রো চাওবেম | ১৮৩২ |
| ৪২৮ | ককচিং চাওবা | ১৮৩৩ |
| ৪২৯ | সেকমাই লাবণ্য | ১৮৩৪ |

| চৈথাবা মীগী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ৪৩০ | অঙ্গোম খোমসিং | ১৮৩৫ |
| ৪৩১ | অঙ্গোম খেত্র | ১৮৩৬ |
| ৪৩২ | খোংবান্তাবম চাওবা | ১৮৩৭ |
| ৪৩৩ | কুমখি অহোংজাও | ১৮৩৮ |
| ৪৩৪ | হাওবিজম চাওবা | ১৮৩৯ |
| ৪৩৫ | বাইখোং রূপচন্দ্র | ১৮৪০ |
| ৪৩৬ | ককচিং অতোম্বাও | ১৮৪১ |
| ৪৩৭ | চাইরেম তাইবোং | ১৮৪২ |
| ৪৩৮ | অঙ্গোম খেমাসিং | ১৮৪৩ |
| ৪৩৯ | অঙ্গোম খুনজাও | ১৮৪৪ |
| ৪৪০ | ককচিং কোলসিং | ১৮৪৫ |
| ৪৪১ | ককচিং চুড়াসিং | ১৮৪৬ |
| ৪৪২ | লাইশ্রম মেঘো | ১৮৪৭ |
| ৪৪৩ | ককচিং লৈরেন | ১৮৪৮ |
| ৪৪৪ | লাংওথেম ঙৌবা | ১৮৪৯ |
| ৪৪৫ | কুমখি অঙৌ | ১৮৫০ |
| ৪৪৬ | ককচিং তোমচৌ | ১৮৫১ |
| ৪৪৭ | ককচিং কালি | ১৮৫২ |
| ৪৪৮ | অঙ্গোম ভগ্য | ১৮৫৩ |
| ৪৪৯ | অঙ্গোম পালা | ১৮৫৪ |
| ৪৫০ | অঙ্গোম কুন্দ | ১৮৫৫ |
| ৪৫১ | অঙ্গোম ঙৌবা | ১৮৫৬ |
| ৪৫২ | অঙ্গোম গোবিন্দ | ১৮৫৭ |
| ৪৫৩ | অঙ্গোম গোপালসিং | ১৮৫৮ |
| ৪৫৪ | অঙ্গোম গোকুলসিং | ১৮৫৯ |
| ৪৫৫ | ওইনাম চাওবা | ১৮৬০ |
| ৪৫৬ | অঙ্গোম চাওভল | ১৮৬১ |
| ৪৫৭ | সোইবম গোবিন্দ | ১৮৬২ |
| ৪৫৮ | অখোকপম পূর্ণসিং | ১৮৬৩ |

| চৈথাবা মীগী মিং | | শকাব্দ |
|---|---|---|
| ৪৫৯ | তাইমজম হেম | ১৮৬৪ |
| ৪৬০ | সেকমাই চেত্তোম | ১৮৬৫ |
| ৪৬১ | মুতুম ভুবোম | ১৮৬৬ |
| ৪৬২ | ওাখেম থাম্মা | ১৮৬৭ |
| ৪৬৩ | হুইত্রোম তোলপিশক | ১৮৬৮ |
| ৪৬৪ | খাত্তেম্বম চন্দ্রসিং | ১৮৬৯ |
| ৪৬৫ | অঙ্গোম সুরচন্দ্র | ১৮৭০ |
| ৪৬৬ | তেনগুবা চাওবা | ১৮৭১ |
| ৪৬৭ | খিরাম অতাংজাও | ১৮৭২ |
| ৪৬৮ | নিংথৌজম তোম্বুং | ১৮৭৩ |
| ৪৬৯ | ককচিং লৈরেন | ১৮৭৪ |
| ৪৭০ | ককচিং বাইখি য়াইমা | ১৮৭৫ |
| ৪৭১ | ওইনাম অমুজাও | ১৮৭৬ |
| ৪৭১ | অখোম অঙাংজাও | ১৮৭৭ |
| ৪৭৩ | খোঙাম ঙাংবা | ১৮৭৮ |
| ৪৭৪ | অঙ্গোম সেথসিং | ১৮৭৯ |
| ৪৭৫ | ওইনাম যাইমা | ১৮৮০ |
| ৪৭৬ | পাওম্বম তম্ফাজাও | ১৮৮১ |
| ৪৭৭ | আরাম্বম গজাসিং | ১৮৮২ |
| ৪৭৮ | লাইশ্রম বাবুসিং | ১৮৮৩ |
| ৪৭৯ | অহোংশাংবম তোমচৌ | ১৮৮৪ |
| ৪৮০ | মাঙোইজম হরিমুহন | ১৮৮৫ |
| ৪৮১ | হিদাম চাউবা | ১৮৮৬ |
| ৪৮২ | খাওবোক লাইবা | ১৮৮৭ |
| ৪৮৩ | কম্নেং ভীম সিংহ | ১৮৮৮ |
| ৪৮৪ | কম্নেং অতোম লৈহাউ | ১৮৮৯ |
| ৪৮৫ | খোবাল বাংমা তাবা | |

